ঔ

মণিপুরী

# মহাভারত

১১শুবা খণ্ড

## দ্রোণ পর্ব্বগী শরুক খরা



বেদব্যাসগী শ্লোকাবলী-মহাভারতকী
পর্ব্ব-অধ্যায়-শ্লোক মথং মনাও
কায়দন, মরকূমরক্ত টীকা
পীদুনা মীতৈজেরোন্দা
হন্দোকচবা—

**কালাচাঁদ শাস্ত্রী**


কোওজবা—

**মণিপুরী মহাভারত কমিটী**
( সেবক মণ্ডলী )
মণিপুরী মহাভারত সভা
ইম্ফাল
॥ ইং কুম্‌জা ১৯৬৩ ॥

( মহাভারত প্রেস, ইম্ফাল )

মমল লুপা ১০৲

ওঁ

তাইবং-লালফম্‌দ শাথোবা।
অচুম্ব মায়গৈদ লেপ্পিবা।
ব্রাহ্মণগী মপোক্ত পোক্লবা,
ক্ষত্রিয়গী মথৌদ খোয়দাবা,
দ্রোণগী মহৈবু চাহন্‌বা।
লালফম্‌ মথবাই থাহনবা।
ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্যনচিংবা,
নঙোন্দ চপ্‌পু মান্নবা।
থুরুমজৈ ননাই তোল্লবা
ঐনা থুরুমজৈ জগৎ-শেম্বা।
হন্দোকুচৈ ঈরোন্দ দ্রোণপর্ব্ব
ঙাকুপিয়ু অরান-অশোয়বা॥

————

# দ্রোণপর্ব্ব



## মতাং, অধ্যায়, লামায়, মপা তাকপা

———

ওঁ

# শ্রীমহাভারতম্

## দ্রোণপর্ব্ব

### প্রথমোঽধ্যায়ঃ

অহানবা অধ্যায়

( দ্রোণাচার্য্যবু সেনাপতি থরিবগী মতাং )

—:(•):—

নারায়ণং নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমম্।
দেবীং সরস্বতীঞ্চৈব ততো জয়মুদীরয়েৎ ॥

নর (জীব) গী মপৈবু "নার" কৌই। জীবপুম্বগী সমষ্টি ( মপৈ মপুম্ ) অদুদি ব্রহ্মনি। ব্রহ্ম মচাক্না সীমা নাইবা তুংনকম ("অয়ন") অমদ চঙ্বা মতম্দা সাকার ওই। অদুগুম্বা সাকার ওইব: ব্রহ্ম মহাক্তি কৃষ্ণস্থ ওইবা তাই, হায়বদি জগৎব্রহ্মাণ্ড অসিবু চিংশিন্বা লৌশিন্বা পোৎশকস্থ ওইগনি। মহাক্না, ব্রাহ্মণগী দেহদগী থোক্প্রবা জীব অমবু ক্ষত্রিয়নচিংবগী দেহদা, সংস্কার — সংস্কার অদুগী মতুং ইন্না, পুশিন্চিংশিল্লকনি। ক্ষত্রিয়গী দেহদগী থোক্প্রবা জীব অমবুস্থ ব্রাহ্মণগী দেহদা পুশিন্গান। ব্রাহ্মণ কৌবা মপান্গী কুয়োম্দা চঙহল্লবস্থ, জীব অদুবু মহাক্না হান্নগী ক্ষত্রিয়নচিংবা ধর্ম্ম অমদি মথৌ অদু অদুম পাম্হন্গনি। অদুগা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য শূদ্র হায়বা লৈতবা জীব অদুস্থ থৌদা পীরিবা ব্রহ্ম ( জীব সমষ্টি ) মচাক্না য়াথং মতুং ইন্না অতৈ অম খল্লুব তৌদনা মথৌতৌহ্নবা জগত্ত নরোত্তম ( পুরুষোত্তম ) ওই। ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় হায়বা লৈত্তনা, মপান্গী দেহগা মরী লৈনদবা জীবাত্মাগী মশক ওইনা লৈরিবা নরোত্তম মহাক্পু অদুগা নর-ময়াম্ অসিগী তুংকম সাকার ব্রহ্মাগী মশক্ ওইরবা নারায়ণ মহাক্পুস্থ অদুগা, অনীগী মরক্তা লৈনরিবা তিন্নব কায়নবগী তত্ত্ব ওাল্হল্লিবা জ্ঞানগী মূর্ত্তি ওইরবী সরস্বতী মহাকপুস্থ খুরমজদুনা ব্রাহ্মণ ওইনা পোক্লবস্থ ক্ষত্রিয়গী সংস্কার লৈবা দোণাচার্য্যন সেনাপতি ওইবগী মতাংদা মরু ওইবা, দ্রোণ পর্ব্ব হায়বা পর্ব্ব অসিবু শক্ শোনগদবনি, অদুগা শক্স্থ শক্চগে। মপান্গী ওইদবা মপাত্তদ উহনবা মপা, মচা, মচীমনাও শাগৈনাতৈগী কুয়োম্গী য়াখল্দগী য়াংমদা লৈহ্নুনা মান।

## জনমেজয় উবাচ।

তমপ্রতিমসত্ত্বৌজোবলবীর্য্যপরাক্রমম্। হতং দেবব্রতং শ্রুত্বা পাঞ্চাল্যেন শিখণ্ডিনা ॥১॥
ধৃতরাষ্ট্রস্ততো রাজা শোকব্যাকুললোচনঃ। কিমচেষ্টত বিপ্রর্ষে! হতে পিতরি বীর্য্যবান্ ॥২॥
(যুগ্মকম্)

যস্য পুত্রো হি ভগবন্! ভীষ্মদ্রোণমুখৈ রথৈঃ। পরাজিত্য মহেষ্বাসান্ পাণ্ডবান্ রাজ্যমিচ্ছতি ॥৩॥
তস্মিন্ হতে তু ভগবন্! কেতৌ সর্ব্বধনুষ্মতাম্। যদচেষ্টত কৌরব্যস্তন্মে ব্রূহি তপোধন! ॥৪॥

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

নিহতং পিতরং শ্রুত্বা ধৃতরাষ্ট্রো জনাধিপঃ। লেভে ন শান্তিং কৌরব্যশ্চিন্তাশোকপরায়ণঃ ॥৫॥
তস্য চিন্তয়তো দুঃখমনিশং পার্থিবস্য তৎ। আজগাম বিশুদ্ধাত্মা পুনর্গাবল্গণিস্তদা ॥৬॥
শিবিরাৎ সঞ্জয়ং প্রাপ্তং নিশি নাগাহ্বয়ং পুরম্। আম্বিকেয়ো মহারাজ! ধৃতরাষ্ট্রোঽন্বপৃচ্ছত ॥৭॥
শ্রুত্বা ভীষ্মস্য নিধনমপ্রহৃষ্টমনা ভৃশম্। পুত্রাণাং জয়মাকাঙ্ক্ষন্ বিললাপাতুরো যথা ॥৮॥

তৌগদবা অম তৌদ্রুনা, লৈরিবা জীববু, মাগুবু, তৌহল্লিবা ব্রহ্মবু অদুগা, মাহুবু তৌরবগী জ্ঞান পীবিরিবী জ্ঞানশক্তি মহাকপুস্ন খুকমজে। অহুম্ অসিদা চঙজরগা জয় কৌবা মহাভারতপুস্ন শকশোন্গদবনি *

রারী তারিবা জনমেজয়না, রারী লীরিবা বৈশম্পায়নদা হায়ঃ— "ব্রহ্মর্ষি! পান্দম্ চাংদম্ নিংঙাইলৈতনা কল্লবা, তেজ লৈরবা, মতীক্ মঙ্গল মথৌনা মরিল্ লৈরবা, ভীষ্মনা তুপ্রবসিদা, অদুগা দ্রুপদগী মচা শিখণ্ডীনা মহাকপু তুহনব্রে হায়বসি তারবদা, মপাঙ্গল কল্লবা ধৃতরাষ্ট্রনা রারী লীরিবা সঞ্জয়দা, রাবনা থদ্মোয় পুবায়াদহুনা করি হায়খিবগে"? ॥১—২॥ "ব্রহ্মর্ষি! বৈশম্পায়ন! হায়রিবা ধৃতরাষ্ট্র অসিগী মচা দুর্য্যোধননা, ভীষ্ম দ্রোণনচিংবা মথোয়সি লৈরি হায়দুনা, পাণ্ডবশিংবু জয় তৌরগা, রাজ্য পুম্ববু কংগে হায়না আশা তৌরিবনিদো" ॥৩॥ ভগবন্! তপস্বী! কৌরবতেজোলগী মনুংদা, খ্বাইদগী কনবা ভীষ্মনা তুবগী পাউ অসি তাবদা ধৃতরাষ্ট্রনা সঞ্জয়গী মকম্‌দা হায়খিবমখৈ তাহন্‌বিয়ু ॥৪॥ বৈশম্পায়ননা হায়ঃ- মহারাজ! জনমেজয়! মপল ঈবুঙো, শান্তনুনন্দন ভীষ্মনা লালকম্‌দা তুখ্রে হায়বসি তাবদা অহল ওইরবা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্র অসি রাবনা অমদি নুংঙাইখিদবনা থদ্মোয় পুবা য়াদহুনা লৈকম চাকম্ খঙ্‌খিদে ॥৫॥ নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা, মতৌ অসুম্না, য়াম্না রানা লাওতকহুনা লৈরিঙৈ মতম অদুদা, সঞ্জয় অসি নিংথৌগী মাঙদা হেক্ থুংঙৈ ॥৬॥ মহারাজ! কুরুক্ষেত্রগী লালশঙদগী অহিং অদুদা, হস্তকুলবা সঞ্জয়বু উবদা, অম্বিকাগী মচা ধৃতরাষ্ট্রনা সঞ্জয়গী মকম্‌দা হংঙি ॥৭॥ অদুগা, মতম্ অদুদা মচাশিংগী জয় ওইবগী আশাত তৌরবা ধৃতরাষ্ট্রনা, ভীষ্মতুবগী পাউ অসি তাবদা, থদ্মোয়

---

* পর্ব্ব-পর্ব্বগী মতুং ইন্না "নারায়ণং নমস্কৃত্য ......" হায়বা মঙ্গলাচরন অসিগী অর্থ তোঙান তোঙান্না হন্‌গদবনি।

## ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

সংশোচ্য তু মহাত্মানং ভীষ্মং ভীমপরাক্রমম্। কিমকার্ষুঃ পরং তাত। কুরবঃ কালচোদিতাঃ ॥৯॥
তস্মিন্ বিনিহতে শূরে দুর্দ্ধর্ষে মহৌজসি। কিংস্বিৎ কুরবোঽকার্ষ নিমগ্নাঃ শোকসাগরে ॥১০॥
তদুদীর্ণং মহৎ সৈন্যং ত্রৈলোক্যস্যাপি সঞ্জয়!। ভয়মুৎপাদয়েত্তীব্রং পাণ্ডবানাং মহাত্মনাম্ ॥১১॥
দেবব্রতে তু নিহতে কুরূণামৃষভে তদা। যদকার্ষুর্ন্নৃপতয়স্তন্মমাচক্ষ্ব সঞ্জয়! ॥১২॥

## সঞ্জয় উবাচ।

শৃণু রাজন্নেকমনা বচনং ব্রুবতো মম। যত্তে পুত্রাস্তদাকার্ষুর্হতে দেবব্রতে মৃধে ॥১৩॥
নিহতে তু তদা ভীষ্মে রাজন্! সত্যপরাক্রমে। তাবকাঃ পাণ্ডবেয়াশ্চ প্রাধ্যায়ন্ত পৃথক্ পৃথক্ ॥১৪॥
বিস্মিতাশ্চ প্রহৃষ্টাশ্চ ক্ষত্রধর্ম্মং নিশাম্য তে। স্বধর্ম্মং নিন্দমানাস্তে প্রণিপত্য মহাত্মনে ॥১৫॥
শয়নং কল্পয়ামাসুর্ভীষ্মায়ামিততেজসে। সোপধানং নরব্যাঘ্র! শরৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ ॥১৬॥
(যুগ্মকম্)

বিধায় রক্ষাং ভীষ্মস্য সমাভাষ্য পরস্পরম্। অনুমান্য চ গাঙ্গেয়ং কৃত্বা চাপি প্রদক্ষিণম্ ॥১৭॥

---

শোক্না রাখিল্লুনা, খোঙ্গেল থোক্না কপ্‌লক্লে ॥৮॥ ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ- ইবুঙো, সঞ্জয়! কৌরব লাস্মীশিংনা, অকিবা কংনা কল্লবা, মহাত্মা ওইরবা ভীষ্মনা তুখিবগী অরা মুংঙাইতবা কোও-দোক্লবা তুংদা, মরাইবক্তা তম্‌খিব হায়বল্লুনা ঈল্লিনখিল্লুনা করি করি অমুক তৌখিবগে? ॥৯॥ লাকওম্ কাওম্রবা, তেজ লৈরবা ভীষ্ম তুপ্রবদা, অরাবা ঈপাক্তা ঈস্নাক্লবা কৌরবশিংনা, করি অমুক তৌগে খল্লি? ॥১০॥ সঞ্জয়! মহাত্মা ওইরবা পাণ্ডবশিংগী লাস্মী তেঙ্গোল অচৌবা অত্তুদি, মরোল অহুমগী মী কাওবা থক থক নীকহল্লিবনি ॥১১॥ সঞ্জয়! কৌরব অথোইবা ভীষ্মবু তুহন্‌প্রবদা কৌরবপক্ষগী নিংথৌ লাস্মীশিংনা করি করি তৌরিবগে মাত্ত তস্মু ॥১২॥ সঞ্জয়না হায়ঃ- মহারাজ! ভীষ্মনা তুপ্রবসিদা, নচাঈবুঙোশিংনা তৌখিবা থবক পুম্বত্তু তম্‌জগে। য়াম্না পূক্নীং চঙ্‌না তাবিয়ু ॥১৩॥ মহারাজ! থাঙ্গৈশেংনা মপাঙ্গল কল্লবা ভীষ্মনা তুপ্রবা তুং অসিদা কৌরবপক্ষগী নিংথৌশিংনা অমদি পাণ্ডবশিংনসু তোঙাল তোঙান্না চিন্তা তৌনখি ॥১৪॥ মহারাজ! ভীষ্মনা তুখিবা মতম্‌সিদা, কৌরবশিংনা তৌকম্ খঙদল্লুনা লৈরি, অত্তুগা পাণ্ডবশিংনা মুংঙাইনা হুরাঙ তায়াম্না লৈরি। মখোয পুম্বনা, ক্ষত্রিয় ধর্ম্মগী অমদি ক্ষত্রিয়গী মথৌগী মরমদ নৈনখল্লুনা, অত্তুগা মশা মশাগী ধর্ম্ম অমদি মশিন্‌বু নিন্দা তৌল্লুনা, মহাত্মা ওইরবা ভীষ্মদা খুরম্‌লুনা মহাকীদমক তেস্তগী কমুং অমদি মোন্‌বু নীঙথিনা শেম্‌শাখি ॥১৫—১৬॥ অত্তুগী তুংদা ক্ষত্রিয়শিংনা ভীষ্মগী ঙাক্‌শেন্নবগীদমক্ থৌরাং তৌবল্লগা, নীঙথিনা তরাম্না য়ারী রাতাই ঙাহাক শারগা অত্তুগী তুংদা নোল্লুক্না য়েৎলোইনন্না কোয়রল্লগা, ক্ষত্রিয় লাস্মী অকন্‌বশিং অসি, অমুক মমীৎ অত্ত ঈ-মুক্ ঙাওনরক্লনা, অমনা অমবু ঙমখিগানি হায়বগী আশাদা, কাল কৌবা লাইনা ঈল্লিক্-

ক্রোধসংরক্তনয়নাঃ সমবেত্য পরস্পরম্। পুনর্যুদ্ধায় নির্জগ্মুঃ ক্ষত্রিয়াঃ কালচোদিতাঃ ॥১৮॥

( যুগ্মকম্ )

ততস্তূর্য্যনিনাদৈশ্চ ভেরীণাঞ্চ মহাস্বনৈঃ। তাবকানামনীকানি পরেষাঞ্চ বিনির্যযুঃ ॥১৯॥

ব্যাবৃত্তেঽর্য্যম্ণি রাজেন্দ্র! পতিতে জাহ্নবীসুতে। অমর্ষবশমাপন্নাঃ কালোপহতচেতসঃ ॥২০॥

অনাদৃত্য বচঃ পথ্যং গাঙ্গেয়স্য মহাত্মনঃ। নির্যযুর্ভরতশ্রেষ্ঠ! শস্ত্রাণ্যাদায় সর্ব্বশঃ ॥২১॥

( যুগ্মকম্ )

মোহাত্তব তু পুত্রস্য বধাচ্ছান্তনবস্য চ। কৌরব্যা মৃত্যুনাহূতাঃ সহিতাঃ সর্বরাজভিঃ ॥২২॥

অজাবয় ইবাগোপা বনে শ্বাপদসঙ্কুলে। ভৃশমুদ্বিগ্নমনসো হীনা দেবব্রতেন তে ॥২৩॥

পতিতে ভরতশ্রেষ্ঠে বভূব কুরুবাহিনী। দ্যৌরিবাপেতনক্ষত্রা হীনং খমিব বায়ুনা ॥২৪॥

বিপন্নশস্যেব মহী বাক্ চৈবাসংস্কৃতা যথা। আসুরীব মহাসেনা নিগৃহীতে পুরা বলৌ ॥২৫॥

বিধবেব বরারোহা শুষ্কতোয়েব নিম্নগা। বৃকৈরিব বনে রুদ্ধা পৃষতী হতযূথপা ॥২৬॥

( বিশেষকম্ )

শরভাহতসিংহেব মহতী গিরিকন্দরা। সা সেনা ভরতশ্রেষ্ঠে পতিতে জাহ্নবীসুতে ॥২৭॥

বিষমা বাতসম্ভগ্না নৌরিবাসীন্মহার্ণবে। বলিভিঃ পাণ্ডবৈর্বীরৈর্লব্ধলক্ষৈর্ভৃশার্দ্দিতা ॥২৮॥

পগুম্না, লাল্ অমুক্ শোক্লগদবগী থোক্লরক্লে ॥১৭—১৮॥ অতুদগীদি কৌরবপাণ্ডবপক্ষ অনীগী লান্মী পুমম্মক্ পুংশেল যন্ত্রগী মখোলগা লোয়ননা লালকম্‌দা চোংথোক্নরকলে ॥১৯॥ ভরতবংশগী অথোইবা! নিংথৌ অথোইবা! সুমিৎনম্মু তারমদাই য়ৌরক্লবদা, ভীষ্মনম্মু তুশ্রবা মতম্‌সিদা, পক্ষ অনীমক্কী লান্মী পুম্বা য়াম্না শাউনখিদুনা, মহাত্মা ওইরবা ভীষ্মগী পাউতাক অদু করিমত্ত লৌদদুনা, মাগী মাগী খুৎলায় পায় পাযদুনা, থোক্লম্মকলে ॥২০—২১॥ মহারাজ নচা ঈবুঙো দুর্য্যোধননা ভাওখিবা শুক্লাংখিবদগী, অদুগা ভীষ্মবু তুহনখিবগী অশাউবদগী, থোরক্লিবা কৌরবলান্মীশিং অসিবু "অশিবা" কৌবা লাইনা, লালকম্‌দা কৌথোরপগুম্ খঙখিথ্রে ॥২২॥ কৌরবলান্মীশিং অসি ভীষ্ম লৈতবদুদা শা-কৈনা থম্লবা বনগী মন্নুংদা শেম্নবা পাম্নবা মী য়াওজবা য়াও হামেংগী মঙ্গ অমগুম্থ্রে ॥২৩॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা, অকনবা ভীষ্ম য়াওদ্রবদুদা কৌরব লান্মী মপৈ অদু, থরানামিচাক্ থোক্দ্রবা নোংমদোন্‌গুম্, মুংশিংকী শরুক্ য়াওদ্রবা অতিযাগুম্, মহৈ মরোং য়াদ্রবা লোবুক্‌নুম্, ব্যাকরণগী নিয়ম্ য়াওদ্রবা রারেংগুম, বিষ্ণুনা, বলিবু নম্থখ্রবদা দৈত্যগী ওইহৌবা অবস্থাগুম্, মপুরোয়বা কায়নরবী সতীগুম্, ঈশিং য়াওদ্রবী তুরেনশিংগুম্, অদুগা, শা কৈনা লম্বী থৎলবা, লুচিংবা শজী লাবা য়াওদ্রবা শজী অমোম্‌শিংগী মপৈগুম্, খুদোংথীবদা তাথ্রে ॥২৪—২৬॥ অকন্‌বা ভীষ্মনা লৈত্রবসিদা, কৌরব তেঙ্গোল মপৈ অসি শরভনা হাৎখ্রবা নোংশা লৈখিদ্রবা চাউরবা লোক্ অমগী মতৌগুম্থ্রে ॥২৭॥ কল্লবা, মপুক্লাং থৌগৎলবা, মখোয়না নীঙবা থূলবা, পাণ্ডবশিংনা নৈহৎলক্লবদা, কৌরব তেঙ্গোল্ অসি মুংশিং

সা তদা কৌরবী সেনা ব্যাকুলাশ্বরথদ্বিপা । বিপন্নভূয়িষ্ঠনরা কৃপণা ত্রস্তমানসা ॥২৯॥
তস্যাং ত্রস্তা নৃপতয়ঃ সৈনিকাশ্চ পৃথগ্বিধাঃ । পাতাল ইব মজ্জন্তো হীনা দেবব্রতেন তে ।
কর্ণং হি কুরবোঽস্মার্ষুঃ সর্ব্বে দেবব্রতোপমম্ ॥৩০॥
সর্বশস্ত্রভৃতাং শ্রেষ্ঠং রোচমানমিবাতিথিম্ । বন্ধুমাপদ্গতস্যেব তমেবাগমন্মনঃ ॥৩১॥
চুক্রুশুঃ কর্ণ কর্ণেতি তত্র ভারত । পার্থিবাঃ । রাধেয়ং হিতমস্মাকং সূতপুত্রং তনুত্যজম্ ॥৩২॥
স হি নাযুধ্যত তদা দশাহানি মহাযশাঃ । সামাত্যবন্ধুঃ কর্ণো বৈ তমাহ্বয়ত মা চিরম্ ॥৩৩॥
ভীষ্মেণ হি মহাবাহুঃ সর্ব্বক্ষত্রস্য পশ্যতঃ । রথেষু গণ্যমানেষু বলবিক্রমশালিষু ॥৩৪॥
সংখ্যাতোঽর্দ্ধরথঃ কর্ণো দ্বিগুণঃ সন্ নরর্ষভঃ । রথাতিরথসংখ্যায়াং যোঽগ্রণীঃ শূরসম্মতঃ ।
সাম্বুবানপি দেবেশান রণে যো যোদ্ধুমুৎসহেৎ ॥৩৫॥ ( যুগ্মকম্ )
স তু তেনৈব কোপেন রাজন্ । গাঙ্গেয়মুক্তবান্ । ত্বয়ি জীবতি কৌরব্য ! নাহং যোৎস্যে কদাচন ॥৩৬॥
ত্বয়া তু পাণ্ডবেয়েষু নিহতেষু মহামৃধে । দুর্য্যোধনমনুজ্ঞাপ্য বনং যাস্যামি কৌরব ! ॥৩৭॥

---

শুম্ লম্থুংকম্ খঙখিজ্রে ॥২৮॥ শগোল্ তোংবা শামু তোংবা লাম্মী পুম্বা মপৈ মপৈ তুনরক্লবদা, মশীঙ্ লাকঙমন্ত্রবা খোঙ্মী কয়া কয়া হাইথুনরক্লবদা, কৌরব লাম্মী মপৈসি রাবগী পন্দোল্ লোম্‌থ্রে ॥২৯॥ মতম্ অসিদা ভীষ্ম য়াঙত্রবদা, কৌরব লাম্মীশিংদা য়াওরিবা নিংথৌশিংনা, লাম্মী জাৎ মথল্ মথম্না অমদি কৌরবশিংনা কিবনা, পাতালদা চঙ্শিন্‌খিবগুম্ থুপত্তুনা, তাঞ্জা অসিদা ভীষ্মগা মান্নবা মতীক মগুণ মথৌনা লৈরবা কর্ণবু নিংশিল্লকলে ॥৩০॥ লম্লক্কা অরাব খুদোং থীবদা তারবা মীনা, যুমগী মী, মরূপ মপাংনচিংবা নীঙ্শিংঙকপগুম্, কৌরব লাম্মী পুম্নমক্না কল্লবা, লান্দা হৈরবা, থুৎলায় পায়বগী অথোইবা ওইরবা, কর্ণবু নিঙ্শিঙ্লক্কুতা কর্ণগী মকম্‌দা চৎখি ॥৩১॥ ভরত-নন্দন ! কৌরবপক্ষগী মঙ্গল ওইবা, অক্ববত খল্লবা নিংথৌশিংনা, লান্দা মথ্‌ৎাই থাব পাম্মুত্রতুনা, থুনা য়াঙনা চৎখত্তুনা রাধাগী মচা কর্ণদা— "কর্ণ কর্ণ" হায়না কৌরকলে ॥৩২॥ মখোয়না অস্মুম্না হায়নরকই "কল্লবা, মিংচৎ চাউরবা কর্ণনা, মহাক্কী মন্ত্রীশিং, খোঙ্লোয় পুম্বগা লোয়নননা, মুমিৎ তরানি চুপ্পা লাল্ অসি য়াওরক্‌ত্রবনি । অদুনা মশাকপু কৌ, থীনগনু" ॥৩৩॥ অকন্‌বনি হায়না খঙ্নরবা, শীঙ্থানরবা, অকন্‌বপুম্বগী লুচিংবনি হায়না য়ানরবা কর্ণ মহাক্কি লাই হি চা-বশিংগস্থ খেংনবা ওস্মিবনি । নিপা অথোইবা কর্ণ হায়বসে, মশানা অতিরথী অনীগা মান্নর-ফাওবদা, অকল্ অথৌ ময়াম্ শীঙগানখিবা মতম্‌দা, লাম্মী পুন্নমক্কী মমাঙ্মক্তদা, ভীষ্মনা কল্লবা কর্ণবু অর্দ্ধরথনি, অতিরথী অম ওইবা ফাওবা মপুং ফানা ওইবা ঙমদে, তংথাইত্ত ওইরিবনি হায়না হায়বিরমলে ॥৩৪—৩৫॥ মাদু তাবদা কর্ণনা শাউখিহুনা ভীষ্ম নহাক্না হিংলিমখৈ ঐ লাল য়াওরোই হায়দুনা, তরানিচুপ্পা তুমিন্না লৈখোকখিবনি ॥৩৬॥ অদুগা কর্ণনা অসীমস্থ হায়খি "ভীষ্ম ! নহাক্না পঞ্চ পাণ্ডবপু হাৎপা ঙম্‌লবদি, মতম্ অদুদা ঐ দুর্য্যোধনদগী

পাণ্ডবৈর্বা হতে ভীষ্মে ত্বয়ি স্বর্গমুপেয়ুষি । হস্ত্যশ্বোকরথেনৈব কংস্মান্ যান্ মন্ত্যসে রথান্ ॥৩৮॥
এবমুক্ত্বা মহারাজ ! দশাহানি মহাযশাঃ । নাযুধ্যত তদা কর্ণঃ পুত্রস্য তব সম্মতে ॥৩৯॥
ভীষ্মঃ সমরবিক্রান্তঃ পাণ্ডবেয়স্য পার্থিব ! । জঘান সমরে যোধানসংখ্যেয়পরাক্রমান্ ॥৪০॥
তস্মিংস্তু নিহতে শূরে সত্যসন্ধে মহৌজসি । ত্বৎসুতাঃ কর্ণমস্মার্ষুস্তর্ত্তুকামা ইব প্লবম্ ॥৪১॥
তাবকাস্তব পুত্রাশ্চ সহিতাঃ সর্ব্বরাজভিঃ । হা কর্ণ ইতি চাক্রন্দন্ কালোঽয়মিতি চাব্রুবন্ ॥৪২॥
জামদগ্ন্যাভ্যনুজ্ঞাতমস্ত্রেহুর্বারপৌরুষম্ । অগমন্নো মনঃ কর্ণং বন্ধুমাত্যয়িকেষ্বিব ॥৪৩॥
স হি শক্তো রণে রাজন্ ! ত্রাতুমস্মান্মহাভয়াৎ । ত্রিদশানিব গোবিন্দঃ সততং সুমহাযশাঃ ॥৪৪॥

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

তথা তু সঞ্জয়ং কর্ণং কীর্ত্তয়ন্তং পুনঃ পুনঃ । আশীবিষবদুচ্ছ্বস্য ধৃতরাষ্ট্রোঽব্রবীদিদম্ ॥৪৫॥

## ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

যত্তদ্বৈকর্ত্তনং কর্ণমগমন্বো মনস্তদা । অপ্যপশ্যত রাধেয়ং সূতপুত্রং তনুত্যজম্ ॥৪৬॥

---

বিদায় লৌহুনা বনদা ঈথস্তা চৎখিগে" ॥৩৭॥ "পাণ্ডবশিংনা ভীষ্ম নহাকপু হাৎখ্রবদি, অকন্বনি হায়রিবা, নহাক্লা হায়রিবা রথীশিং অসে ঐ ইথস্তনা হাৎকে" ॥৩৮॥ কর্ণনা রাহৈ অসি হায়রুনা মহারাজ ! ভীষ্মনা লৈরম্মি মখৈ তরানি চুপ্পা লাল্ য়াওখিদবনি ॥৩৯॥ অতুগা মহারাজ ! ভীষ্মনা তরানি চুপ্প অকিব কংনা শোক্লরম্‌হুনা পাণ্ডব পক্ষগী অকন্না অথরবা লাম্মী কয়া কয়াবুস্থ হাৎলম্মি ॥৪০॥ মহারাজ ! কল্লবা, রাশক্ চেৎলবা তেঙ্গ কল্লবা, ভীষ্মনা তুপ্রবসিদা তুরেল্বু থূনা য়াঙনা লাম্ভোক্‌নীঙবা যাত্রিকশিংনা হিবু পোত্‌বু পাম্মকৃপা নীঙশিংঙক্‌পা অতুগুম্না মহারাজগী নচা ইবুঙো হুর্য্যোধননচিংবনা তাঙ্গা অসিদা কর্ণবু নীঙশিংঙক্‌ই ॥৪১॥ অতুগী তুংদা, নচা ঈবুঙো শিংনা অমদি অতৈ অতৈ কৌরবলাম্মীশিংনা "হৌজিক অসিদা কর্ণগুম্বগী সহায় লৌগদবনি" অস্নুম্না হায়রুনা, পুল্লপ্পা "কর্ণ ! কর্ণ" হায়না লাউনা কৌ-কৌরুনা থিনরকলে ॥৪২॥ "নহাক্ খুৎলায় তম্বা লোইরে" অস্নুম্ হায়না গুরু পরশুরাম্‌মক্লা য়াহুনা বিদায় তৌথ্রিবা খুৎলায় পুম্নমক্ হৈবখঙবনা, যেক্লবনা মমাঙদা খাঙ্‌ঙম্‌দবা, নিপাথোক্‌পা, অরাবা তারবা মতম্‌দা চাম্নরবা মরুপকুম্বা কর্ণতদা ঐখোয়না আশা তৌর অস্নুম্ হায়না কৌরব লাম্মী পুম্নমক্লা ভাঙনখি ॥৪৩॥ অস্নুম্না ভাঙ্‌নখিবা কৌন'থবগী মরম্‌দি মহারাজ ! কর্ণ হায়ব স থাংশংশ বমকৃস্থ বিষ্ণুনা দেবতা-শিংবু অরাবদগী কন্‌বিবা অতুগুম্বা, কৌরবশিংবু অরাবসিদগী কন্‌বিবা ঙম্‌গদৌরিবনি ॥৪৪॥ বৈশম্পায়ননা হায় ঃ— মাহারাজ জনমেজয় ! সঞ্জয়না মতৌ অস্নুম্না কর্ণবু ময়াম্না থাগৎলক্‌পা থিনরকপগী রা অসি হন্ন হন্ন তাবদ , তারিবা ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌ অসি শাউবনা মুংশাশোর মপী ফুইনফুইনা হৌন্দুনা, অস্নুম্না হায়রকই ॥৪৫॥ সঞ্জয় ' নখোই' অহুক্ য়াম্বগী পুক্নীং অমদি থাজবা অঙ্গনা বৈকর্ত্তন কর্ণতদ থম্‌গ্রবাদ, অহগা কৌরবশিং অত্রনা লাম্দা মথরাই থাগে হায়না থৌরাং

অপি তত্র বৃষাকার্ষীদ্‌যুধি সত্যপরাক্রমঃ। সন্ত্যক্তানাং তদার্ত্তানাং ত্রস্তানাং ত্রাণমিচ্ছতাম্ ॥৪৭॥
অপি তৎ পূরয়াঞ্চক্রে ধনুর্দ্ধরবরো যুধি। যত্তদ্বিনিহতে ভীষ্মে কৌরবাণামপাকৃতম্ ॥৪৮॥
তং খণ্ডং পূরয়ন্ কর্ণঃ পরেষামাদধদ্ভয়ম্। কৃতবান্ মম পুত্রাণাং জয়াশাং সফলামপি ॥৪৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
দ্রোণাভিষেকে ধৃতরাষ্ট্রপ্রশ্নে প্রথমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

তৌরবা মতদগ্গুদি কর্ণবুদি উবা কংখিব্রা ? ॥৪৬॥ কৌরব পুম্নমক্কা পুম্‌কায় কায়নরবা, কিনরবা মিপাইনরবা মতম্‌দুদা থোইনা মপাঙ্গল কল্লবা কর্ণ হায়বদুদি ময়াম্‌গী আশাদুদি অরেম্বদদি তাহনখিদেনকো ॥৪৭॥ ভীষ্মনা তুপ্রবদা, পাণ্ডবশিংনা, মাঙহন্‌খিবা, হন্থহনখিব কৌরবকী শক্তি অদুগা অমুক কর্ণনা ফুগৎখিদনকো ? ॥৪৮॥ ভীষ্মনা পুরম্বা থবক্ অদুবু, অদুগা ভীষ্মনা হাণ্ডদুনা থনম্লবা মকম্ অদুবু অমুক্ কর্ণনা মেন্‌খত্তূনা ঈচাশিংনা তৌরিবা জয়গী আশা অদু থুংহনখিদ-নকো ? ॥৪৯॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা দ্রোণাভিষেককী মনুংদা ধৃতরাষ্ট্রপ্রশ্নগী অহানবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥ *

# শ্রীমহাভারতম্

## দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ

### অনীশুবা অধ্যায়

( কর্ণ থোরকপগী মতাং )

—(•)—

**সঞ্জয় উবাচ।**

হতং ভীষ্মমথাধিরথির্বিদিত্বা ভিন্নাং নাবমিবাত্যগাধে কুরূণাম্।
সোদর্য্যবদ্ব্যসনে সূতপুত্রঃ সন্তারয়িষ্যাংস্তব পুত্রস্য সেনাম্ ॥১॥
শ্রুত্বা তু কর্ণঃ পুরুষেন্দ্রমচ্যুতং নিপাতিতং শান্তনবং মহারথম্।
অথোপযাতঃ সহসারিকর্ষণো ধনুর্দ্ধরাণাং প্রবরস্তদা নৃপ। ॥২॥
হতে তু ভীষ্মে রথসত্তমে পরৈর্নিমজ্জতীং নাবমিবার্ণবে কুরূন্।
পিতেব পুত্রাংস্ত্বরিতোঽভ্যয়াত্ততঃ সন্তারয়িষ্যংস্তব পুত্রস্য সেনাম্ ॥৩॥

**কর্ণ উবাচ।**

যস্মিন্ ধৃতির্বুদ্ধিপরাক্রমৌ চ সত্যং স্মৃতির্বীরগুণাশ্চ সর্বে।
অস্ত্রাণি দিব্যান্যথ সন্নতির্হ্রীঃ প্রিয়া চ বাগনসূয়া চ ভীষ্মে ॥৪॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ! মাগী মচীন্দগী ভীষ্ম তুখ্রে হায়বসি তাবদা, মপান্ নাইত্রবা ঈপাক্তা লুপ্তনা লৈরবা হিগুম্বা কৌরব লাম্মী মপৈবু উদ্ধার তৌগনি হায়গুনা, কৌরবশিংগী অরাবা খুদোংথীবগী পন্দোল লোম্রবা মতম্সিদা, পোক্মিন্নবা মচীম্ননাওশিংগী মনাক্ত লাকপগুম্, অধিরথনন্দন কর্ণ অসি কৌরব লাম্মীশিংগী মায়কৈদা লাকই ॥১॥ মহারাজ! লীরুং পায়বগী অথোইবা য়েক্নবা ভম্বা, কর্ণনা নিপা অথোইবা, পুন্শিচুপ্পা ব্রহ্মচারী ওইবা, মহারথী ভীষ্ম তুখ্রে হায়বসি তাবমক্তদা, থুংঙরে ॥২॥ য়েক্নবগী কাংবুনা রথী অথোইবা খরাইদগী কমবা ভীষ্মবু তুহন্থ্রবদা, কৌরবলাম্মী পুম্নমক্না ঈপাক্ত তাউবা হিগুম্, অরাবা নীঙব কায়বগী ঈপাক্ত লুপ্লবা মতম অসিদা, মপানা মচা ঈরারুরববু কনগে হায়না ঈশিংদা চোংশিল্লকপগুম্, কৌরব লাম্মী পুম্নবু কন্গে হায়বগীদমক কর্ণ অসি থুদক্তা থুংঙরে ॥৩॥ কর্ণনা হায়-- থাগী মকোয়দা থেবগী মমি ( মায়হিং ) না মতম্ কুইনা মুত্তনা তাহুনা লৈবগুম্, তৌবিমল্ খঙ্লবা, শল্ ব্রাহ্মণগী য়েক্নববু মাঙহন্ব', অকন্বা ভীষ্মগী মশাদা তপথবা লৌশিং, থৌনা, রাশক চেৎপা পাইরক্শিংবা, অকন্বগী গুণ পুম্বা, লাইগী খুৎলায়গী বিদ্যা, নোল্লুকপা, ঈকায়বা খঙ্বা, রাঙাং

সদা কৃতজ্ঞে দ্বিজশত্রুঘাতকে সনাতনং চন্দ্রমসীব লক্ষ্ম।
স চেৎ প্রশান্তঃ পরবীরহন্তা মন্যে হতানেব চ সর্ব্ববীরান্ ॥৫॥ (যুগ্মকম্)
নেহ ধ্রুবং কিঞ্চন জাতু বিদ্যতে লোকে হ্যস্মিন্ কর্ম্মণোঽনিত্যযোগাৎ।
সূর্য্যোদয়ে কো হি বিমুক্তসংশয়ো ভাবং প্রকুর্ব্বীত মহাব্রতে হতে ॥৬॥
বসুপ্রভাবে বসুবীর্য্যসম্ভবে গতে বসূনেব বসুন্ধরাধিপে।
বসূনি পুত্রাংশ্চ বসুন্ধরাং তথা কুরূংশ্চ শোচধ্বমিমাঞ্চ বাহিনীম্ ॥৭॥

সঞ্জয় উবাচ।

মহাপ্রভাবে বরদে নিপাতিতে লোকেশ্বরে শান্তনবে মহৌজসি।
পরাজিতেষু প্রভবেষু দুর্ম্মনাঃ কর্ণো ভৃশং ন্যশ্বসদশ্রু বর্ত্তয়ন্ ॥৮॥
ইদন্তু রাধেয়বচো নিশম্য সুতাশ্চ রাজন্। তব সৈনিকাশ্চ।
পরস্পরং চুক্রুশুরার্ত্তিজং ভৃশং তদাশ্রু নেত্রৈর্মুমুচুশ্চ শব্দবৎ ॥৯॥
প্রবর্ত্তমানে তু পুনর্ম্মহাহবে বিগাহমানাসু চমূষু পার্থিবৈঃ।
অথাব্রবীদ্ধর্ষকরং বচস্তদা রথর্ষভান্ সর্ব্বমহারথর্ষভঃ ॥১০॥
জগত্যনিত্যে সততং প্রধাবতি প্রচিন্তয়ন্ ন স্থিরমত্র লক্ষয়ে।
ভবৎসু তিষ্ঠৎস্বিহ পাতিতো রণে গিরিপ্রকাশঃ কুরুপুঙ্গবঃ কথম্ ॥১১॥

থুম্বা, কল্লকবা, অসি পুম্ব। তম্তনা রাম্তনা লৈখিবনি। অসিগুম্বা অকন্‌বা ভীষ্মনা ভুপ্রবসিদদি কৌরবপক্ষগী অকন্‌বপুম্বা ভুরগুম্বনি হায়না খল্লি ॥৪—৫॥ জগত্তা লৈম্লিবা পুম্বা অনিত্যমক্ত ওইবনা করিগুম্বা অমতম্সু মতম্ কুইনা লৈগদবা য়াওদে। অসিগুম্বা ভীষ্মমল্লা ভুপ্রবদা জগত্ত লৈবা কনানা, হয়েংসী মুমিৎকাওবা লৈখিগনি হায়না অতগা মুমিৎ থোক্‌পা উথিগনি হায়না, আশা তৌবা ওম্‌খিগনি ? ॥৬॥ তাইবং মীওইবশা! বসুদেবতাগী মতৌগুম্ কল্লবা, বসুদেবগুম্ মতীক্ মগুণ চাউরবা, ভীষ্মবু বসুলোকত চৎহন্‌খিদুনা, লম্ছুম্, নচানশূ লৈপাক্ অমদি কৌরবশিং অসিগী মরম্‌দা নখোয় পুম্বা য়াম্না রাও। রাকম্ থোক্‌ই ॥৭॥ সঞ্জয়না হায়:- মতীক্ মগুণ চাউরবা, মায়গৈ ভাক্‌পা লাইগুম্ কল্লবা, তেজ লৈরবা ভীষ্মনা ভুপ্রবা তুংদা, অকিবকংনা শোক্লহৈবা দ্রোণাচার্য্যনচিংবা অকন্‌বা কম্নানা মায়থীবা কংদুনা লৈপ্রবসিদা, রাব পুংভাইতবনা থম্মোয় কায়রবা কর্ণনা, মমীত্তগী মপী শিম্ভদুনা পুংশাশোর মপৈ ফুইনা ফুইনা হোন্‌থি ॥৮॥ মহারাজ! কর্ণগী পুংশি পুঙোল রাহৈসি তাবদা, মহারাজগী নচা ঈবুঙোশিং দুর্য্যোধননচিংবনা, অদুগা লাম্মী ময়াম্না, অমগমগা কৌদুনা কপ্পরক্লে। থম্মোয়গী অরাবা মৈচাক্ পুবা ওম্‌দদুনা খোঞ্জেল্লোক্না হীক্ল হীক্লা কল্লুনা মপি শিম্ভনথি ॥৯॥ অসিগী তুংদা, লাম্জাও অদুনা অমুক হৌর-ক্লবদা অদুগা য়েক্লবশিংনা কৌরব লাম্মীশিংবু নৈবা হৌরক্লবদা, অকন্‌বা, কৌরব মহারথীশিংদা কর্ণনা অদুম্না হায়রকই :- কনা য়াম্না যুম্না থক্তদুনম্মু, ঈতত্তত্তনা চত্তূনা লেঙ্‌দুনা লৈরিবা অনিত্য

নিপাতিতে শান্তনবে মহারথে দিবাকরে ভূতলমাশ্রিতে যথা।
ন পার্থিবাঃ সোঢ়ুমলং ধনঞ্জয়ং গিরিপ্রবোঢারমিবানিলং ক্রমাঃ ॥১২॥
হতপ্রধানম্বিদমার্ত্তরূপং পরৈর্হতোৎসাহমনাথমস্তু বৈ।
ময়া কুরূণাং পরিপাল্যমাহবে বলং যথা তেন মহাত্মনা তথা ॥১৩॥
সমাহিতঞ্চাত্মনি ভাবমীদৃশং জগত্তথাঽনিত্যমিদঞ্চ লক্ষয়ে।
নিপাতিতঞ্চাহবশৌণ্ডমাহবে কথং নু কুর্য্যামহমীদৃশে ভয়ম্ ॥১৪॥
অহন্তু তান্ কুরুবৃষভানজিহ্মগৈঃ প্রবেশয়ন্ যমসদনং চরন্ রণে।
যশঃ পরং জগতি বিভাব্য বর্ত্তিতা পরৈর্হতো ভুবি শয়িতাথবা পুনঃ ॥১৫॥
যুধিষ্ঠিরো ধৃতিমতিসত্যসত্ত্ববান্ বৃকোদরো গজশততুল্যবিক্রমঃ।
তথার্জ্জুনস্ত্রিদশবরাত্মজো যুবা ন তদ্বলং সুজয়মিহামরৈরপি ॥১৬॥
যমৌ রণে যত্র যমোপমৌ বলে স সাত্যকির্যত্র চ দেবকীসুতঃ।
ন তদ্বলং কাপুরুষোঽভ্যুপেয়িবান্ নিবর্ত্তেত মৃত্যুমুখাদিবাসুহৃৎ ॥১৭॥

---

ওইবা জগৎ অসিগী মনুংদা, মতম্ কুইনা লেঙদনা লৈগদবা পোৎশক্ অমত লৈতে, উব কংদে। নত্রবদবু, অস্থক্ য়াম্না অকন্‌বা ময়াম্ অসি লৈন-লৈনা, কস্নিগীদমক পাণ্ডবশিংনা, চীঙগা মাম্মনা কল্লবা খোংকম্ লেঙব্রবা ভীষ্মবু তরাই তরাইনা তুংগন্‌থগদগে? ॥১১॥ কল্লবা মহারথী ওইরবা ভীষ্মনা তুপ্রবসিদা, চীঙ্‌মকপু ফুক্তোকপা ভম্বা নুংশিৎকী মাঙদা, চীঙ অম্বুদা হৌরিবা চাউম চাউরবা উপাম্বীশিংনা, লেপ্পা ঙম্‌দবা, খাঙবা ঙমদব, অদুগুম্না কৌরবকী অকন্‌বশিংনা অর্জ্জুনগী মাঙদা লেপ্প ঙম্‌খিব্রবনি হায়না ঐনা খল্লি ॥১২॥ ঐখোয়গী অচৌবা লান্মী অমবু য়েরুবশিংনা তুহন্‌খিবসিদা, হৌজিক কৌরবলাম্মী থুদিংমক্ নীঙ্‌বা কাবগ্রে, মমূ য়ৈথৎগ্রে, অদুগা চঙজকম্ লৈব্রবা মঙ'দা তাখরে। অদুনা, অকন্‌বশা! মহাবীর ভীষ্মনা ঙাক্‌লম্বা অদুগুম্না ঐনা কৌরব তেঙোলসিবু ঙাক্‌নি ॥১৩॥ ঐগী ঈথক্তা, হৌজিক্ পোৎলুম্ অসি তাররে, পুবা তারে, জগৎ মপুম্ অসিমক্ অনিত্য ওইরবদা অদুগা ভীষ্মগুম্বনা তুম্বদা, ঐগুম্বা অমনম্ব কিকহুনা কৈদৌনি, কারিগী কিক্ননি ॥১৪॥ মরম্ অদুনা, ময়াম্ করিমত কিবিগনু। ঐনা ঙাস অর্জ্জুনবু তেলগী মপৈতনা নোং-চুবগুম্ চুথহন্দুনা, যমালয়দা থাগনি জগত্তা লেঙব্রবা মিংচৎ থম্মমুহুনা, ময়াম্ পুম্ববু শেন্নমগে। অদুগা ঐস্থ য়েরুবগী মথুত্তা থরাই—থারবস্থ থাগে য়েরুবগী মথুত্তা থরাই থাহুনা লালকম্‌দা অয়োইবা য়াহীপ্তা হীপখিগে ॥১৫॥ যুধিষ্ঠির হায়বসিনা তপথবা, থাওইবা, লৌশিং শিংবা অচুম্বা, য়াঙাঙ্‌ব অঈনকন্‌বা অসিনচিংবা গুণনা তিল্লিবনি। ভীম হায়বসিনা শামু লিশিং তরাগী পাঙ্গল কল্লিবনি। অর্জ্জুন হায়বা অসিমনা ইন্দ্রমকী মচা ওইনা পোক্লবনি। অদুনা লাইয়াম্‌মক্তম্ব মখোয়বু জয় তৌবা ঙম্মোইদৌবনি ॥১৬॥ অসিগী মথক্তা যমরাজগা মান্নবা নকুল সহদেব অনী লৈব্রি। পাণ্ডব

তপোঽত্যুদীর্ণং তপসৈব বাধ্যতে বলং বলেনৈব তথা মনস্বিভিঃ ।
মনশ্চ মে শত্রুনিবারণে ধ্রুবং স্বরক্ষণে চাচলবদ্ব্যবস্থিতম্ ।১৮।
এবঞ্চৈষাং বাধমানঃ প্রভাবং গত্বৈবাহং তান্ জয়াম্যদ্য সূত ।
মিত্রদ্রোহো মর্ষণীয়ো ন মেঽয়ং ভগ্নে সৈন্যে যঃ সমেয়াৎ স মিত্রম্ ।১৯।
কর্ত্তাস্ম্যেতৎ সৎপুরুষার্য্যকর্ম্ম ত্যক্ত্বা প্রাণাননুযাস্যামি ভীষ্মম্ ।
সর্ব্বান্ সংখ্যে শত্রুসংঘান্ হনিষ্যে হতস্তৈর্ব্বা বীরলোকং প্রপৎস্যে ।২০।
সংপ্রাক্রুষ্টে রুদিতে স্ত্রীকুমারে পরাহতে পৌরুষে ধার্ত্তরাষ্ট্রে ।
ময়া কৃত্যমিতি জানামি সূত । তস্মাদ্রাজ্ঞস্তু শত্রূন্ বিজেষ্যে ।২১।
কুরূন্ রক্ষন্ পাণ্ডুপুত্রান্ জিঘাংসন্ ত্যক্ত্বা প্রাণান্ ঘোররূপে রণেঽস্মিন্ ।
সর্ব্বান্ সংখ্যে শত্রুসংঘান্ নিহত্য দাস্যাম্যহং ধার্ত্তরাষ্ট্রায় রাজ্যম্ ।২২।
নিবধ্যতাং মে কবচং বিচিত্রং হৈমং শুভ্রং মণিরত্নাবভাসি ।
শিরস্ত্রাণঞ্চার্কসমানভাসং ধনুঃ শরাংশ্চাগ্নিবিষাহিকল্পান্ ।২৩।

---

লাম্বীমরক্ অসিদা কৃষ্ণ সাত্যকি অনীমু য়াওরি । ঐচং থোদবা, অমত্ত মীনদি পাণ্ডবলাম্বীশিংদি মমাঙদগী পাক্‌চণ্ড্‌বা ওম্মোই । অদুগা চণ্ড্‌রবমু অশিবগী মমাঙ্ য়োরগা হন্নকপা য়াদবশুম্, পাণ্ডবশিংগী মমাঙদগী পাক্‌হন্নকপা য়ায়োই ॥১৭॥ তপস্বীশিংনা তপস্যাগী শক্তিনা অতোপ্পা তপস্বীগী তপস্যাবু থিংবা ওম্মি । অশিংবশিংনা মপা মপাগী শক্তিনা অতোপ্পশিংগী শক্তিবু মাঙহল্লি, অদুগা মাঙ-হন্‌বমু ওম্মি । অদুনা ঐমু ঐগী লনাইগী শক্তিনা য়েক্কবশিংগী শক্তিবু থিংগে নমহৎকে হায়না পুক্নীংদা লেপ্লে । অদুনা ঐগী পুক্নীংসি চীঙগী মতৌগুম্না থবক অসিদা লেঙদনা লৈরে ॥১৮॥ মরম্ অদুনা সারথি ! ঐ ঈশাবক্ চত্‌না পাণ্ডবশিংগী মথৌনা মপাঙ্গল অসি য়েথেকে । থুদোংথীবা মারুীবা কংলবা মতম্‌দা, লাল্‌কম্‌দা তেংবাংগে হায়বগীদমক্ খোমজলিব মহাক অমুতবু মরূপ কৌবনি ॥১৯॥ সভ্য সজ্জন ওইবা মীনা তৌনখিবা থবক অদো ঐমু তৌগনি । য়েক্কববু ওন্নগ ওম্নে, নত্রগা লাল্‌কম্‌দা থরাই থারমত্তুনা ঐমু ভীষ্মগী মতুং ইনথিগে । লাল্‌কম্‌দা য়েক্কববু হাৎলগা হাৎলম্‌গে, নত্রগা ঈমায় ওল্লনা লাল্‌কম্‌দা থরাই থাদুনা, অকনব ক্ষত্রিয়শিংনা চৎখিবা কংথ্রিবা লোক অদু কংথ্রগে ॥২০॥ সারথি ! হৌজিক দুর্য্যোধন অসিগী মখিল মথৌন৷ লোইনা হনথে । মুপী অঙাংশিং পুম্নমক্না মমা মপা মচীম্নাও কোপ্পুনা কপ্পরক্‌লে । মতম অসিদা কর্ণ ঐতবু মথোম্নন৷ পাম্লি । অদুনা ঐ, দুর্য্যোধনগী য়েক্কবা মরামসিবু জয় তৌনবা তৌরগে ॥২১॥ অকিবগী মপক কংলবা লাঙ্গাও অসিদা কৌরব তেঙ্গোলবু কন্দুনা, পাণ্ডবশিংবু নৈথাইদুনা থরাই থাবা পাম্মুদনা লাম্বেংনদুনা, য়েক্কবা পুম্বা হাৎলগা দুর্য্যোধনদা য়েক্কবা তিংথংলৈত্রবা রাজ্য পীরমগে ॥২২॥ মরম্ অদুনা সারথি ! ইনাইশিংনা মতম্ অসিদা ঐ হক্‌চাংদা লালগী হৌনবী ফিজোল্ সনা লুপাগী লৈতেং পুম্বা অমুগা মণি হৎলবা কবচ (লাল্‌ফুরিৎ) নচিংবা, লৈতেংহল্লো লাউ । দুমিংকী

উপাসঙ্গান্ ষোড়শ যোজয়স্ব ধনূংষি দিব্যানি তথাহরস্ব।
অসীংশ্চ শক্তীশ্চ গদাশ্চ গুর্বীঃ শঙ্খঞ্চ জাম্বূনদচিত্রভাসম্ ।২৪।
ইমাং রৌক্মীং নাগকক্ষ্যাং বিচিত্রাং ধ্বজং চৈত্রং দিব্যমিন্দীবরাঙ্কম্।
শ্লক্ষ্ণৈর্বস্ত্রৈর্বিপ্রবধ্যানয়স্ব চিত্রাং মালাং চারুবদ্ধাং সজালাম্ ।২৫।
অশ্বানগ্র্যান্ পাণ্ডরাভ্রপ্রকাশান্ পুষ্টান্ স্নাতান্ মন্ত্রপূতাভিরদ্ভিঃ।
তপ্তৈর্ভাণ্ডৈঃ কাঞ্চনৈরভ্যুপেতান্ শীঘ্রান্ শীঘ্রং সূতপুত্রানয়স্ব ।২৬।
রথঞ্চাগ্র্যং হেমমালাবনদ্ধং রত্নৈশ্চিত্রং সূর্য্যচন্দ্রপ্রকাশৈঃ।
দ্রব্যৈর্যুক্তং সংপ্রহারোপপন্নৈর্বাহৈর্যুক্তং তূর্ণমাবর্ত্তয়স্ব ।২৭।
চিত্রাণি চাপানি চ বেগবন্তি জ্যাশ্চোত্তমাঃ সন্নহনোপপন্নাঃ।
তূণাংশ্চ পূর্ণান্ মহতঃ শরাণামাসাদ্য গাত্রাবরণানি চৈব ।২৮। (কুলকম্)
প্রাযাত্রিকং চানয়তাশু সর্ব্বং দধ্না পূর্ণং বীর। কাংস্যঞ্চ হৈমম্।
আনীয় মালামববধ্য চাঙ্গে প্রবাদয়ন্ত্বাশু জয়ায় ভেরীঃ ।২৯।
প্রয়াহি সূতাশু যতঃ কিরীটী বৃকোদরো ধর্ম্মসুতো যমৌ চ।
তান্ বা হনিষ্যামি সমেত্য সংখ্যে ভীষ্মায় বৈষ্যামি হতো দ্বিষদ্ভিঃ ।৩০।

---

মতৌওম্ লংলবা লুহুপ, লীরুং মৈ অমাদি লিল্‌গী হূওম্ তেজ কল্লবা তেল্ মযাম্ অহ্ পুরক্‌হল্লু ॥২৩॥ ঐগী রথদা মকম্ চানা চানা জেন্দোং তরাতরুক্, কল্লবা লীরুং থাও তা, চাউরবা গদা সনানা হাজং য়ৈরবা মোইবুং পুম্নমক্‌স হাপ্‌হল্লু ॥২৪॥ সনাগী মরীগ। লোয়নন। তারবা, শাম্ পুম্নবা খৌরি, জয়গী খুদম্ ওইরবা অশংবা থম্বাল য়েক্লবা, পারদা অঙংবা কিনা শাবা, ঐগী কিরাল্ মরক্ মরক্ত কবোক্ল। লোয়নন। লেংলবা, মনম্ সুংশিরবা ফজরবা লৈপরেংশিং অদু পুহল্লকউ ॥২৫॥ সারথি! ঈশ' য়াওত্রবা নোং মতুম্‌গী মতৌওম্ ভৌরবা, নোয় পেল্লবা সনাগী ফিজোল্লা লৈতেংলবা, য়াঙলবা শগোলশিং অদু মন্ত্র শোল্লবা ঈশ না ঈরুজবিথোক্কনা পুহল্লকউ ॥২৬॥ সারথি! সনাগী ঝালরনা য়ুথল্ল। কোয়শিল্লবা সুমিৎ থাগী মওাল্‌গা মাম্নন। লংলবা, লাল্‌গী চঙ্‌গদবা খুৎলায়মক্তনা থম্ হাপ্লবা, য়াঙ্‌লবা শগোল্ল। চিংলগদবা ঐগী ফজরবা রথ অদু, অদুগা কল্লবা লীকং ময়াম, শৃংনাল্লবা লীরী, ময়াম্, তেল্ল থম্ চোম্ হাপ্লবা তেন্দোংশিং অদু, অদুগা ঐগী খুৎলায়শঙদা শেম্‌শাহনা থম্লবা লাল্ ফুরং ময়াম্ অহ্ পুহল্লকউ ॥২৭—২৮॥ অকন্‌বা! সারথি! ঐগী খোঙলোয় নখোয় পূম্নমক্ল, লাল্‌গী যাত্রাগী মতম্‌দা, মঙ্গলগী পোচ্চং ঘী সজোম্ ধূপদীপ, শেঙ্গেংগী অমাদি সনাগী ঝাড়ী—পাত্রনচিংবদু হৌজিমক্ পুহল্লকউ। অদুগা লালগী পুংশেল যন্ত্র য়ৈবা খোংবশিং অদুবু মাগী মাগী যন্ত্রগা লোয়নন। মকম্ অসিদা থোহল্লকউ অদুগা জয় ওইননবগীদমক, জয়গী খোম্বোক্ল। লোয়নন। চাউবা পুং অদু থীল্‌হল্লু ॥২৯॥ সারথি! মাসি পুম্নমক শেম্‌শাবা লোয়রগা, লালকম্‌দা যুধিষ্ঠির ভীম অর্জ্জুন নকুল সহদেবনা লৈরিবা

যস্মিন্ রাজা সত্যধৃতির্যুধিষ্ঠিরঃ সমাস্থিতো ভীমসেনার্জ্জুনৌ চ।
বাসুদেবঃ সাত্যকিঃ সৃঞ্জয়াশ্চ মন্যে বলং তদজয্যং মহীপৈঃ ॥৩১॥
তদ্বৈশ্যৃত্যুঃ সর্ব্বহরোঽভিরক্ষেৎ সদাঽপ্রমত্তঃ সমরে কিরীটিনম্।
তথাপি হন্তাস্মি সমেত্য সংখ্যে যাস্যামি বা ভীষ্মপথা যমায় ॥৩২॥
ন ত্বেবাহং ন গমিষ্যামি তেষাং মধ্যং শূরাণাং তত্র চাহং ব্রবীমি।
মিত্রদ্রুহো দুর্ব্বলভক্তয়ো যে পাপাত্মানো ন মমৈতে সহায়াঃ ॥৩৩॥

## সঞ্জয় উবাচ।

সমৃদ্ধিমন্তং রথমুত্তমং দৃঢং সকূবরং হেমপরিষ্কৃতং শুভম্।
পতাকিনং বাতজবৈর্হয়োত্তমৈর্যুক্তং সমাস্থায় যযৌ জয়ায় সঃ ॥৩৪॥
সম্পূজ্যমানঃ কুরুভির্মহাত্মা রথর্ষভো দেবগণৈর্যথেন্দ্রঃ।
যযৌ তদায়োধনমুগ্রধন্বা যত্রাবসানং ভরতর্ষভস্য ॥৩৫॥
বরূথিনা মহতা সধ্বজেন সুবর্ণমুক্তামণিরত্নশোভিনা।
সদশ্বযুক্তেন রথেন কর্ণো মেঘস্বনেনার্ক ইবামিতৌজাঃ ॥৩৬॥ ( যুগ্মকম্ )

মকম্ অহু তাম্ন ঐবু পুজন্মু। ঐ, ঙাস লান্দা, মখোয়বু হাৎকে। নত্রগা মখোয়গী মথুত্তা থরাই থারমদুনা ভীষ্মনা চৎখিবা লম্বী অদুদা ঐস্সু চৎগ্রগে ॥৩০॥ থাজৈশেংনা কন্নবা নিংথৌ যুধিষ্ঠির, ভীম, অর্জ্জুন, কৃষ্ণ সাত্যকি, সৃঞ্জয়শিং মখোয় অসিনা লৈরিবা তেঙ্গোল অহু অতৈ অতোপ্প অমনা পাক্ চঙবা ঙম্মরোই হায়না ঐনা খল্লি ॥৩১॥ পুম্নমকপু মাঙ্হন্বা মৃত্যু কোবা লাইমরা অর্জ্জুনবু ঙাকশেন্দুনস্সু, ঐ ঙাস অর্জ্জুনগী মথরাই লোগে। নত্রগা ভীষ্মনা চৎখিবা লম্বী অদুদা চৎখিগে ॥৩২॥ পাণ্ডবপক্ষগী মনুদা অকন্বা অসিমগী মমাঙতদ ঐ চঙরোই হায়বা অমত লৈত্তে। হায়বাদ, য়েরুবগী পক্ষগী হেক লৈারবা অকন্ব মখৈগা পানগনি। মরূপ হাৎপা মরূপত বিশ্বাসঘাত তৌবা, লান্দা হৈনিংদবা মপাস্থোংতদা শোরুশিন্নবা, পাপচেন্বা আসগুম্বা কনা অমতনা ঐগী সহায় তৌব য়ারোই, অদুগা তৌস্সু তৌহল্লোই ॥৩৩॥ সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ। অসিগীতুংদা কর্ণ আস, নীঙখজরবা, কজরবা অথারী হাপ্লবা, সনানা লৈতেংলবা মজলগী খুদম্মকুনা থল্লবা, ফিরাল্ মথল্ মথল্ ঘুংলবা থেৎলবা সুংাশৎকী মমাঙথানা চেল্লবা শগোলনা চিংলবা, কন্নবা রথ অমদা তোংখত্তুনা যাত্রা তৌরকই ॥৩৪॥ লাইয়াম্না ইন্দ্রগী স্তুতি পূজানচিংবা তৌবা অদুগুম্না কৌরবাশিংনা কর্ণগী লৈশি লৈথোন্খি। অম্সুম্না লোশ লৈথোল লৈথোম্না রথী অথোইবা, অকিবফংনা লাল্ শোরুবা হৈরবা, কর্ণ অসি ভীষ্মনা তুহুনা লৈরিবা মকম অহু তাম্ন থৌরকুলে। কৈমউম্না ঈকোয়কোয়না য়েংলবা, মচুমচুগী ফিরাম্না লৈতেংলবা সনা রুপা মণি মুক্তানা হংলবা, কজরব-কন্নব-যাঙলবা শগোম্নচিংবা, নোংগী থোঙ্গেলগী মতোঙুম্না লুম্না মখোল থোক্রবা বাং চাউরবা রথ অদুগী মথক্তা তোংদুনা তেজ কন্নবা কর্ণ অসি সুমিৎকী

হুতাশনাভঃ স হুতাশনপ্রভে শুভঃ শুভে বৈ স্বরথে ধনুর্দ্ধরঃ।
স্থিতো ররাজাধিরথির্মহারথঃ স্বয়ং বিমানে সুররাড়িব স্থিতঃ ॥৩৭॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
দ্রোণাভিষেকে কর্ণপ্রয়াণে দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥২॥

---

মতৌশুম্না থোরকলে ॥৩৫—৩৬॥ মতম্ অসিদা, মপেক্ মশাম্না থল্লবা, লাংলবা, অকবা লক্ষণ পুম্বনা তিল্লবা, অচৌবা লীরুং পায়রবা, মহারথী অসি, মৈগী মতৌশুম্না পুম্‌লংলংবা, কজবা লক্ষণ পুম্বনা থল্লবা রথগী মথক্ অতুদা কম্‌হুনা, দেবরাজ ইন্দ্রগী মতৌশুম্না, থোইদোক্না নীঙথিজখি ॥৩৭॥

মকম্ অসিদা, শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, দ্রোণ পর্ব্বদা, দ্রোণাভিষেক্কী মনুংদা কর্ণপ্রয়াণগী অনিশুবা অধ্যায় লোইরে। *

---

# শ্রীমহাভারতম্

## তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ

### অহুমশুবা অধ্যায়ঃ

( কর্ণবু থাগৎপা থেম্‌জিন্‌বা মতাং )

সঞ্জয় উবাচ।

শরতল্পে মহাত্মানং শয়ানমমিতৌজসম্। মহাবাতসমূহেন সমুদ্রমিব শোষিতম্ ॥১॥
দৃষ্ট্বা পিতামহং ভীষ্মং সর্ব্বক্ষত্রান্তকং গুরুম্। দিব্যৈরস্ত্রৈর্মহাত্মানং পাতিতং সব্যসাচিনা ॥২॥
জয়াশা তব পুত্রাণাং সংভগ্না শর্ম্ম বর্ম্ম চ। অপারাণামিব দ্বীপমগাধে গাধমিচ্ছতাম্ ॥৩॥
( বিশেষকম্ )

---

সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ! অচৌওইরবা, তেজ কল্লবা, ক্ষত্রিয় পুম্বগী মকম্‌দা ঋমগী মশক ওইরবা, খুৎলায়পুম্বগী আচার্য্য ওইরবা, কুরুপিতামহ ভীষ্মবু, অর্জ্জুননা তুহন্‌খিবত্তু অস্ত্রগা শরশর্য্যা থক্তা লৈবহু, অস্ত্রগা ঈশিং কংশ্রবা সমুদ্রগুম্ লালকম্‌দা তাহুনা লৈবত্তু উবদা, মহারাজগী

স্রোতসা যামুনেনেব শরৌঘেণ পরিপ্লুতম্। মহেন্দ্রেণেব মৈনাকমসহ্যং ভুবি পাতিতম্ ॥৪॥
নভশ্চ্যুতমিবাদিত্যং পতিতং ধরণীতলে। শতক্রতুমিবাচিন্ত্যং পুরা বৃত্রেণ নির্জ্জিতম্ ॥৫॥
মোহনং সর্ব্বসৈন্যস্য যুধি ভীষ্মং নিপাতিতম্। ককুদং সর্ব্বসৈন্যানাং লক্ষ্ম সর্ব্বধনুষ্মতাম্ ॥৬॥
ধনঞ্জয়শরৈর্ব্যাপ্তং পাতিতন্তু মহাব্রতম্। তং বীরশয়নে বীরং শয়ানং পুরুষর্ষভম্ ॥৭॥
ভীষ্মমাধিরথির্দৃষ্ট্বা ভরতানাং পিতামহম্। অবতীর্য্য রথাদার্ত্তো বাষ্পপর্য্যাকুলেক্ষণঃ।
অভিবাদ্যাঞ্জলিং বদ্ধা বন্দমানোঽভ্যভাষত ॥৮॥ (কুলকম্)

কর্ণোঽহমস্মি ভদ্রন্তে বদ মামভি ভারত!। পুণ্যয়া ক্ষেময়া বাচা চক্ষুষা চাবলোকয় ॥৯॥
ন নূনং সুকৃতস্যেহ ফলং কশ্চিৎ সমশ্নুতে। যত্র ধর্ম্মপরো বৃদ্ধঃ শেতে ভুবি ভবানিহ ॥১০॥
কোষসঞ্চয়নে মন্ত্রে ব্যূহে প্রহরণেষু চ। নাহমন্যং প্রপশ্যামি কুরূণাং কুরুপুঙ্গব!।
বুদ্ধ্যা বিশুদ্ধয়া যুক্তো যঃ কুরূংস্তারয়েদ্ভয়াৎ ॥১১॥

---

নচাঙ্গবুঙোশিংগী আশা পুম্বা ময়োল তেকখ্রে। মশা মশাগী লাল ফুরিৎ পুম্বা হৌকৃতোকখ্রে। মরম্দি মখোয়পুম্বগী লালগী য়ুমকম্ ওইরম্বনি অম্মুম্ হায়ন কর্ণনা থল্লম্মি ॥১—৩॥ মতম্ অসিদা য়েরবা মমাঙদা খাঙম্দবা ভীষ্ম অসি, যমুনাগী ঈচেলগুম্না চেলশিল্লকপা, অর্জ্জুনগী তেম্না হকচাং পুম্বা পুম্কূপ কুপ্তূনা, ইন্দ্রনা মশা কক্তূনা থাদঞ্জবা মৈনাক পর্ব্বতকী মতৌগুম্না লৈমায়থক্তা, তেলগী শয্যাথক্তা তাহুনা লৈরি। লাম্মী পুম্নমকী থম্মোয়দা মিপাইবা অকিবা অঙকপা পোক্‌হন্‌বা, পৃথ্বীগী লাল হৈবপুম্বগী মকোক ওঈবা ভীষ্মনা, লালকম্দা তুহুনা, মমাঙৈদা বৃত্রাসুরনা মায়থীবপীরবা শক্তি চাউরবা ইন্দ্রগুম্ ভীষ্মনা তেলমথক্তা ভুমিন্না তাহুনা লৈরম্মি।

পুন্‌শিচুপ্প ব্রহ্মচারী ওইখিবা, অকনবশিংগী অকন্‌বা,
ভীষ্ম কৌবা নিপা অখোইবা, হক্‌চাংপুম্বা তেম্ন কূপথ্রবা,
অঙকপা কংনা লাম্থেংনরম্বা, অকন্‌বগী পোলোইদা য়াচৌপ্পা,
কর্ণনা উখি অকন্‌বা, মি চৎ চাউরবা ভীষ্মবু।

কর্ণনা অসিগুম্বা ভীষ্মবু উরগা নুংঙাইতবনা মমীত্তগী মপিশিম্থহুনা, রথদগী কূম্থহুনা খুৎ লোম্নমা খুরম্‌হুনা, মকোক্ নোম্ন অম্মুম্না হাযরক্‌ই ॥৪—৮॥ ভরতশাগৈগী নুংঙাইনকম্, লেম্‌জকম্ ওইরবা! মঙ্গল ওইবিয়্ অকন্‌বা! কর্ণনি লাকচরিবসে, অমুক্তদি রারী শাবিয়ু। মীৎ অনীত পাঙ্‌থোক্তূনা অমুক্তদি ঐঙোন্দা য়েংবিরকউ ॥৯॥ চন্দকী মপোক্ত তৌবা পুণ্য কর্ম্মগী মহেবু হন্দকী মপোক্কী পুন্‌শিগী মনুংদা কনানম্মু ফংদে। প্রমাণ হায়ববু, অকনবা! ধর্ম্ম চেল্লবা নহাকনা অম্মুক অহল ওইরবসি ফাওবদা লৈমায়থক্তা তেলগী মথক্তা য়াছৌপ্লি ॥১০॥ কৌরব শাগৈগী অখোইবা! কৌরব শাগৈসিগী মনুংদা, পুকচেল শেংনা, কনবা, লম্থুম্ পৈশিনবিবা য়ায়না কৃপ্প রা ভানবিবা, ব্যূহশাব শেম্বা হৈবা, লান্দা, কৌরবশিংবু অকিবদগী কন্‌বিবা নিপাসি

যোধাংস্বমগ্রবে হিত্বা পিতৃলোকং গমিষ্যসি। অদ্যপ্রভৃতি সংক্রুদ্ধা ব্যাঘ্রা ইব বৃষণ্বরম্।
পাণ্ডবা ভরতশ্রেষ্ঠ! করিষ্যন্তি কুরুক্ষয়ম্ ॥১২॥
অদ্য গাণ্ডীবঘোষেণ বীর্য্যাত্মাঃ সব্যসাচিনঃ। কুরবঃ সন্ত্রসিষ্যন্তি বজ্রঘোষাদিবাম্বুদাঃ ॥১৩॥
অদ্য গাণ্ডীবমুক্তানামশনীনামিব স্বনঃ। ত্রাসয়িষ্যতি বাণানাং কুরূনত্রাংশ্চ পার্থিবান্ ॥১৪॥
সমিদ্ধোঽগ্নির্যথা বীর। মহাজ্বালো দ্রুমান্ দহেৎ। ধার্ত্তরাষ্ট্রান্ প্রধক্ষ্যন্তি তথা বাণাঃ কিরীটিনঃ ॥১৫॥
যেন যেন প্রসরতো বায়বগ্না সহিতৌ বনে। তেন তেন প্রদহতো ভুবি গুল্মতৃণদ্রুমান্ ॥১৬॥
যাদৃশোঽগ্নিঃ সমিদ্ধো হি তাদৃক্ পার্থো ন সংশয়ঃ। যথা বায়ুর্নরব্যাঘ্র! তথা কৃষ্ণো ন সংশয়ঃ ॥১৭॥
নদতঃ পাঞ্চজন্যস্য রসতো গাণ্ডিবস্য চ। শ্রুত্বা সর্বাণি সৈন্যানি ত্রাসং যাস্যন্তি ভারত! ॥১৮॥
কপিধ্বজস্য চোৎপাতে রথস্যামিত্রকর্ষিণঃ। শব্দং সোঢ়ুং ন শক্ষ্যন্তি ত্বাবৃতে বীর! পার্থিবাঃ ॥১৯॥
কো হ্যর্জ্জুনং রণে যোদ্ধুং ত্বদন্যঃ পার্থিবোঽর্হতি। যস্য দিব্যানি কর্ম্মাণি প্রবদন্তি মনীষিণঃ ॥২০॥

কৌরবশিংগী মন্নুংদা, অকনবা নহাক নত্তনা, ঐ, অতোপ্প কনা অমত্তবু উবা ফংদে ॥১১॥ ভরত শাগেগী অথোইবা! অকন্‌বা নহাক্তি কৌরব লাল্মী পূন্নমক অসিবু চণ্ডজকম্ লৈত্তনা, অরাবগী ঈপাক্ অসিদা থাদবিরম্নগা, পিতৃলোকত লেঙ্‌বিখিদোরেদা। অসোমদনা, কৈ মপেনা শঙ্গী শঙাইশিংবু লাক্‌নবা নৈহৎপা অদুগুম্না থোইদোকনা শাউরবা পাণ্ডবশিংনা ঙসিদগী কৌরবশিংবু তুম্ন মাঙননবা তৌবা তৌরকলনি ॥১২॥ ঙসিদগীদি অর্জ্জুনগী মতীক মথৌনা মুন্ন খঙলবা কৌরবশিংনা, গাণ্ডীবগী খোঞ্জেল তাবদ, বজ্রগী খোঞ্জেল তাবগা অচুর শিংনা নীক্‌প কিবা অদুগুম্না কিনরগনি ॥১৩॥ ঙসিদগী হৌনা বজ্র তাবগী মখোলগা মান্নন তৌরবা রাক্রবা, গাণ্ডীবদগী পাই-থোরকপ তেলশিংগী মখোল্না কৌরবপক্ষগী লাল্মী নিংথৌশিংগী থম্মোয়দা মিপাইবা অকিবা পোকহল্লরনি ॥১৪॥ অকনব! রাংলবা মৈরিগা লোয়নরবা লম্মৈনা বনগী চাউর চাউরবা উ পাম্বী ময়ামবু তুম্ন চাক্‌থেকপা অদুগুম্না অর্জ্জুনগী তেল ময়াম্না ধৃতরাষ্ট্র মচাশিংবু তুম্ন চাকথেক্ররনি ॥১৫॥ মৈগা নুংশিৎকা অনী তিন্নতুনা চাক্‌পা মতম্‌দা মখোয়না লাকপা লম্বীদ লৈরম্ব রাংলবা উ পাম্বী নাপীশিংবী কাওবা লোয়ন চাক্‌থেকই ॥১৬॥ অতুনা, নিপা অথোইবা, অকন্‌বা! অগুম্বা নুংশিৎকা লোযনন মৈগা অম্না ওইরব অর্জ্জুননি, মাসিদা করিমত্ত চিংনকম্ লৈত্রবনি। মৈ অতুগা লোযনগদৌরিবা নুংশিৎতি কৃষ্ণমকনি। মাসিদা করিম্ম চিংনক্ম্ লৈত্রবনি ॥১৭॥ ভরতনন্দন! কৃষ্ণগী পাঞ্চজন্যগী খোঞ্জেলগা, অর্জ্জুনগী গাণ্ডীবলীকংগী খোঞ্জেলগা অনীনা তিন্নতুনা কৌরব লাল্মী পূন্নমক্কী থম্মোয়দা মিপাইবা অকিবা পোক্‌হল্লবনি ॥১৮॥ অকন্‌বা! য়োংতোংবা কিম্বাম্ন লৈত্তেংবা, য়েক্‌নবা মাঙ্‌হনবা ভম্বা, অর্জ্জুনগী বথনা থুংলবদা, রথতুগী মমাঙদা অকন্‌বা নহাক নত্তনা কনা অমত্তনা লেপ্তুনা লৈবা ঙম্মোইদবনি ॥১৯॥ অকনবা নহাক্তি তাইবং মীনা তৌবা ঙম্‌দবা কর্ম্ম কয়া তৌবা ঙম্মি হায়না অথণ্ডবা অশিংবশিংনা হায়রৈ। অদুগুম্বা অকন্‌বা নহাক্‌নত্তনা

অমানুষশ্চ সংগ্রামস্ত্র্যম্বকেন মহাত্মনা। তস্মাচ্চৈব বরং প্রাপ্তো দুষ্প্রাপমকৃতাত্মভিঃ ॥২১॥

কোঽন্যঃ শক্তো রণে জেতুং পূর্বং যো ন জিতস্ত্বয়া। জিতো যেন রণে রামো ভবতা বীর্য্যশালিনা
ক্ষত্রিয়ান্তকরো ঘোরো দেবদানবদর্পহা ॥২২॥

তমহ্ছাহং পাণ্ডবং যুদ্ধশৌণ্ডমমৃষ্যমাণো ভবতা চানুশিষ্টঃ।
আশীবিষং দৃষ্টিহরং সুঘোরং শূরং শক্ষ্যাম্যস্ত্রবলান্নিহন্তুম্ ॥২৩॥

## সঞ্জয় উবাচ।

তস্য লালপ্যমানস্য কুরুবৃদ্ধঃ পিতামহঃ। দেশকালোচিতং বাক্যমব্রবীৎ প্রীতমানসঃ ॥২৪॥

সমুদ্র ইব সিন্ধূনাং জ্যোতিষামিব ভাস্করঃ। সত্যস্য চ যথা সন্তো বীজানামিব চোর্বরা ॥২৫॥

পর্জন্য ইব ভূতানাং প্রতিষ্ঠা সুহৃদাং ভব। বান্ধবাস্ত্বানুজীবন্তু সহস্রাক্ষমিবামরাঃ ॥২৬॥ [ যুগ্মকম্ ]

মানহা ভব শত্রূণাং মিত্রাণাং নন্দিবর্দ্ধনঃ। কৌরবাণাং ভব গতির্যথা বিষ্ণুর্দিবৌকসাম্ ॥২৭॥

---

লাল্কম্দা অর্জ্জুনগা লাম্বা ওইনা শোকনবা ঙম্গদবা য়াওদে ॥২০॥ বনবাসগী মতম্দা শাদানবগী মশক লৌরবা মহাদেবগা অর্জ্জুনগা লান্থেংনখি। অর্জ্জুনগী মপাঙ্গল্দা পেন্থ্রবা মহাদেবগী মকমদগী অর্জ্জুননা, তপস্বী নত্তবা অমনা কংবা ঙম্মরোইদৌবা বরবু ফংখি ॥২১॥ অসি খ্বাইগী মথক্তা, ক্ষত্রিয় পুম্ববু তুম্ন মাঙহন্থ্রবা, অকিবগী মশক্ ওইরবা দৈত্যদানব কয়াগী নাপল য়ৈথেক-থ্রবা পরশুরামবু জয় তৌথ্রবা অকন্বা নহাকমকনা জয় তৌবা ঙম্বিখিথ্রবা অতৈগুম্বা অর্জ্জুনবু কনানা জয় তৌবা ঙম্গদগে ? ॥২২॥ অতৈবু অকনবা ! ঐ'দ অর্জ্জুনগী শক্তি য়েংহুনা থাওহনা লৈবা ঙম্দ্রে। মরম্ অত্থনা য়াথ' পীনবিয়ু য়েংবতদা থরাই মাঙ্ননবগী মশক্ ওইরবা লান্দা ময়াই কারবা, কল্লবা, পাণ্ডুনন্দন অর্জ্জুনবু ঐ ঙসি খুৎলাইতনা মথরাই লৌগে ॥২৩॥ কর্ণনা অসুম্না হন্না হন্না হায়রকলবদা, কুরুশাগেগী অহল ওইরবা ভীষ্মনা থোইদোকনা পেন্থ্রহনা কর্ণদা অসুম্না হায়রকই ॥২৪॥

তুরেল খিবিক্কী চঙ্জকম্, চাউরব ঈপাকনা ওইবগুম্,
শুমিৎনা মঙাল পুম্বগী, সাধু মহাত্মান অচুম্বগী,
লৈহাও চেনবা লৌবুকনা, মরমগী চঙ্জকম্ ওইবগুম্
নোংনা জীবপানব পুম্বগী, চঙ্কম্ ওইবহুগুম্না
মরুপ্ মপাং পুম্বগী, চঙজকম্ ওইয়ু নহাকনা !
মহৈ মরোং চুন্নবা উনা. উচেক্ শংগী চঙজকম্ ওইবগুম্
মখোয়গী জীবিকা ওইবগুম, নহাকী আশ্রয় লৌহুনা,
মরূপ মপাং পুম্বগা, আশ্রয় ওইয়ু নহাক্না ॥২৫—২৬॥

কর্ণ ! য়েক্নবা পুম্বগী নাপল য়ৈগৎপ, মরূপ মপাংগী নুংঙাইনফম্ ওইয়ু। বিষ্ণুন দেবতা

ত্বৎবাহুবলবীর্য্যেণ ধার্ত্তরাষ্ট্রপ্রিয়ৈষিণা। কর্ণ। রাজপুরং গত্বা কাম্বোজা নির্জ্জিতাস্ত্বয়া ॥২৮॥
গিরিব্রজগতাশ্চাপি নগ্নজিৎপ্রমুখা নৃপাঃ। অম্বষ্ঠাশ্চ বিদেহাশ্চ গান্ধারাশ্চ জিতাস্ত্বয়া ॥২৯॥
হিমবদ্দুর্গনিলয়াঃ কিরাতা রণকর্কশাঃ। দুর্য্যোধনস্য বশগাঃ কৃতাঃ কর্ণ। ত্বয়া পুরা ॥৩০॥
উৎকলা মেকলাঃ পৌণ্ড্রাঃ কলিঙ্গান্ধ্রাশ্চ সংযুগে। নিষাদাশ্চ ত্রিগর্ত্তাশ্চ বাহ্লীকাশ্চ জিতাস্ত্বয়া ॥৩১॥
তত্র তত্র চ সংগ্রামে দুর্য্যোধনহিতৈষিণা। বহবশ্চ হতা বীরা ত্বয়া কর্ণামিতৌজসা ॥৩২॥
যথা দুর্য্যোধনস্তাত! সজ্ঞাতিকুলবান্ধবঃ। তথা ত্বমপি সর্ব্বেষাং কৌরবাণাং গতির্ভব ॥৩৩॥
শিবেনাভিবদামি ত্বাং গচ্ছ যুধ্যস্ব শত্রুভিঃ। অনুশাধি কুরূন্ সংখ্যে ধৎস্ব দুর্য্যোধনে জয়ম্ ॥৩৪॥
ভবান্ পৌত্রসমোঽস্মাকং যথা দুর্য্যোধনস্তথা। তবাপি ধর্ম্মতঃ সর্ব্বে যথা তস্য বয়ং তথা ॥৩৫॥
যৌনাৎ সম্বন্ধকাল্লোকে বিশিষ্টং সঙ্গতং সতাম্। সদ্ভিঃ সহ নরব্যাঘ্র! প্রবদন্তি মনীষিণঃ ॥৩৬॥

---

পুম্বগী চঙজকম্ অমদি অঙাকপা মপু ওইবগুম্, নহাকসু কৌরবশিংগী চঙজকম অমদি অঙাকপা ওইয়ু ॥২৭॥ কর্ণ! নহাকতি দুর্য্যোধনগী কান্নবা অমদি পেন্নবগীদমক রাজপুরদা চৎখিদুনা পাম্বোগী পাজম্না কম্বোজ লৈপাকপু জয় তৌখিবনি ॥২৮॥ গিরিব্রজদা লৈবা নগ্নজিৎনচিংবা নিংথৌশিংবু অমগা অবষ্ঠ, বিদেহ, গন্ধারদেশগী অকন্বশিংবু নথম্বনা মায়থীবা পীখি ॥২৯॥ কর্ণ! নহাক্না মমাঙৈদা, হিমালয়গী শূঙ্কবা লুয়বা লোকত লৈবা কিরাতশিংবু ওমদুনা দুর্য্যোধনগী মখা পোল্হন্খিবনি ॥৩০॥

অকন্বা কর্ণ নহাক্না উৎকল মেকল পৌণ্ড্রসু,
ত্রিগর্ত্ত বাহ্লীকদ লৈবশিংবুসু, নিষাদ অন্ধ্র কলিঙ্গ,
নথম্বনা ওমদুনা অকন্বশিংবু চাউরবা মিংচৎ কংখিবনি ॥৩১॥
মরুপ দুর্য্যোধনগীদমক্তা, ওমখৈ লৈতন কন্নবা
য়েক্নব কয়া হাৎতুনা, দুর্য্যোধনদ লোইপোৎ চাহন্খি ॥৩২॥
অতনা অকন্বা নহাক্তি, মরূপ মপাং শাগৈ নাতৈগী
লৈপাক্সিগী প্রজা পুম্বগী, চঙজকমনি কৌরববংশগী ॥৩৩॥
পুক্নিং শেংনা হায়রি কর্ণ।, চৎলু য়েক্নবগা লান্থোক্ল।
কৌরবশিংদা মন্ননা পীরু, দুর্য্যোধননা জয় ওইনব তৌরু ॥৩৪॥
দুর্য্যোধনগুম্ নহাকসু ঐহাক্তী, ঈশূগুম্বনিদো অকন্বা!
দুর্যোধনদা ঐখোয়না ওইবগুম্, নঙোন্দসু ওইরি লাল্ ওম্বা! ॥৩৫॥
পোক্মিন্নবা শাগৈগী সম্বন্ধদগী, নুংশিনা তিন্নবগী সম্বন্ধনা
কন্বা হেল্লি হায়নৈ অকন্বা! জগতগী জ্ঞানী পণ্ডিতশিংনা ॥৩৬॥

ন সত্যসন্ধো ভূত্বা মমেদমিতি নিশ্চিতম্। কুরূণাং পালয় বলং যথা দুর্য্যোধনস্তথা ॥৩৭॥
ইতি শ্রুত্বা বচস্তস্য চরণাবভিবাদ্য চ। যযৌ বৈকর্ত্তনঃ কর্ণস্তূর্ণমায়োধনং প্রতি ॥৩৮॥
সোঽভিবীক্ষ্য নরৌঘাণাং স্থানমপ্রতিমং মহৎ। ব্যূঢ়প্রহরণোরস্কং সৈন্যং তৎ সমবৃংহয়ৎ ॥৩৯॥
হৃষিতাঃ কুরবঃ সর্ব্বে দুর্য্যোধনপুরোগমাঃ। উপাগতং মহাবাহুং সর্ব্বানীকপুরঃসরম্।
কর্ণং দৃষ্ট্বা মহাত্মানং যুদ্ধায় সমুপস্থিতম্ ॥৪০॥
ক্ষ্বেড়িতাস্ফোটিতরবৈঃ সিংহনাদরবৈরপি। ধনুঃশব্দৈশ্চ বিবিধৈঃ কুরবঃ সমপূজয়ন্ ॥৪১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
দ্রোণাভিষেকে কর্ণাশ্বাসে তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥৩॥*

---

অসিগুম্বা অচুম্বা সম্বন্ধনা, কৌরব লাম্মীশিংসিবু
"ঐমকৌনি" অসুম্ন থন্নুনা, দুর্য্যোধনগী তেঙ্গোল কনবিয় ॥৩৭॥

বিকর্ত্তণনন্দন কর্ণনা, ভীষ্মগী অসিগুম্বা ৱাহৈশিংসি তাবদা, ভীষ্মগী চরণ শোকনা সোল্লকনা খুরুম্নমল্লুনা, লালফমলোমদা যাত্রা তৌরে ॥৩৮॥ মহাকনা লালফমদা চঙঙক্লনা, পাক্‌চাউরবা কৌরব তেঙ্গোলবু উবদা, মশামকনা লাম্মী ময়াম্‌গী মমাঙ্‌মক্কদা চঙশিল্লক্লনা, ব্যূহগী মওংদা লৈরিবা, খুৎলায় মথল্ মথল্ পায়রিবা, লাম্মীশিংদুগী মপুক্‌নীং থৌগৎখি ॥৩৯॥ মতম্ অদুদা দুর্য্যোধননচিংবা কৌরব লাম্মীশিংনা, মপাম্বোম্ চাউরবা কল্লবা পুক্‌চেল্ চাউরবা, লাম্মীশিংগী মমাঙদা লৈরিবা, লালগীদমক শেম্‌শারবা, কর্ণবু উবদা পুকনীংদা থোইদোকনা নুংঙাইবা অপেনবা পোক্‌খি ॥৪০॥ মতম্ অদুদা, কৌরবলাম্মীশিংনা, নুংঙাইখিবনা লাউখোংদুনা, মপাম্বোম্ মপাম্বোম্ ফুদুনা, নোংশাগী খোল্লাউ লাউদুনা, লৗরী হাপ্পা খীংবগী খোঞ্জেল্ মথল্ মথল্লা কর্ণবু তরাম্ তরাম্ ওক্লনা, কর্ণগী পুক্লীং পেল্‌হনখি ॥৪১॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক্ লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণ পর্ব্বদা দ্রোণাভিষেকগী মনুংদা কর্ণাশ্বাসগী অহুম্‌শুবা অধ্যায় লোইরে। ॥ * ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## চতুর্থোঽধ্যায়ঃ

### মরিশুবা অধ্যায়

( দ্রোণবু সেনাপতি ওইনা অভিষেক তৌবগী মতাং )

—:( * ):—

সঞ্জয় উবাচ।

রথস্থং পুরুষব্যাঘ্রং দৃষ্ট্বা কর্ণমবস্থিতম্। হৃষ্টো দুর্যোধনো রাজন্নিদং বচনমব্রবীৎ ॥১॥
সনাথমিদং মন্যেঽহং ভবতা পালিতং বলম্। অত্র কিং নু সমর্থং যদ্ধিতং তৎ সম্প্রধার্যতাম্ ॥২॥

কর্ণ উবাচ।

ব্রূহি নঃ পুরুষব্যাঘ্র! ত্বং হি প্রাজ্ঞতমো নৃপ!। যথা চার্থপতিঃ কৃত্যং বীক্ষতে ন তথেতরঃ ॥৩॥
তে স্ম সর্বে তব বচঃ শ্রোতুকামা নরেশ্বর!। ন চান্যায্যং ভবান্ বাক্যং ব্রূয়াদিতি মতির্মম ॥৪॥

দুর্যোধন উবাচ।

ভীষ্মঃ সেনাপ্রণেতাসীদ্বয়সা বিক্রমেণ চ। শ্রুতেন চোপসম্পন্নঃ সর্বৈর্যোধগুণৈস্তথা ॥৫॥
তেনাতিযশসা কর্ণ! ঘ্নতা শত্রুগণান্ মম। সুযুদ্ধেন দশাহানি পালিতাঃ স্মো মহাত্মনা ॥৬॥

---

**সঞ্জয়না হায় ঃ—** মহারাজ! নিপা অথোইবা কর্ণনা রথ মথক্তা তোংদুনা লাপ্পী পুম্নমক্কী মমাঙদা লৈরবদু উবদা দুর্যোধননা য়াম্না নুংঙাইনা রা অসি হায়খি ॥১॥ কর্ণ! নহাকনা ঐগী লাপ্পী মপৈ অসিবু ঙাক্ শেন্দুনা লৈরবদি, চঙ্‌জকম্ লৈত্রবা ঐগী লাপ্পী মপৈ অসি চঙ্‌জকম্ লৈরবা, মপুগা-নবা হায়বদু ওইবগ নহায়না ঐনা খাল্লি। ফরে' অসি পুম্নমক্ লৈখিসনু, হৌজিক কৌরবপক্ষ আসগী অপ্নম্ তৌরগা ফগানা হায়বদু খল্লগা তৌগদবা থবক্ তু থুনা লেপ্পরো ॥২॥ কর্ণনা হায় ঃ- নিপা অথোইবা নিংথৌ। চাপ্পরবা মরূপ্! নিংথৌ নহাক্তনা কৌরব তেংঙ্গাল অসিগী পাঙ্গল্লি, নিংথৌ নহাক্তনা ঐখোয় পুম্বগী খ্বাইদগী অশিংবনি। মরম্দি মপু ওইবা অমনা তৌবা ওম্বা থবক্ অদু অতৈ অমনা তৌবা ঙম্বা নত্তে ॥৩॥ নিংথৌ! ঐখোয় হৌজিক্ নিংথৌগী ইচ্ছা অমদি রাখল অদুত তাজনীঙ্‌ঙি। মরম্দি মপুনা অমদি নিংথৌনা অরান্‌বা রাখক হায়দোকলোই হায়না নীঙ্‌ঙি ॥৪॥ কর্ণগী বাসি তাবদা নিংথৌ দুর্যোধননা হায়রক্ই “চহী, থৌনা, বিদ্যাগী মতুং ইন্না, গুণ পুম্বনা তিল্লবা ঈবুধৌ ভীষ্মনা তরানি চুপ্পা কৌরবলাপ্পী পুম্নমক্কা সেনাপতি ওইবিরম্মি” ॥৫॥ কর্ণ! গিংচৎ পুক্‌চেল চাউরবা ভীষ্মনা যুদ্ধনীতি কায়দনা, অঙম্বা শক্তিগা লোয়ননা, য়েকনবশিংবু হাত্তুনা তরানি চুপ্পা, ঐখোয়বু চেক্‌শিন্না

তস্মিন্নস্তংকরং কর্ণ কৃতবত্যাশ্রিতে দিবম্। কং নু সেনাপ্রণেতারং মন্যসে তদনন্তরম্ ॥৭॥
ন বিনা নায়কং সেনা মুহূর্ত্তমপি তিষ্ঠতি। আহবেষ্বাহবশ্রেষ্ঠ। কর্ণহীনেব নৌর্জলে ॥৮॥
যথা হ্যকর্ণধারা নৌ রথশ্চাসারথির্যথা। দ্রবেদ্যথেষ্টং তদ্বৎ স্যাদৃতে সেনাপতিং বলম্ ॥৯॥
অদেশিকো যথা সার্থঃ সর্ব্বং কৃচ্ছ্রং সমৃচ্ছতি। অনায়কা তথা সেনা সর্ব্বান্ দোষান্ সমর্চ্ছতি ॥১০॥
স ভবান্ বীক্ষ্য সর্ব্বেষু মামকেষু মহাত্মসু। পশ্য সেনাপতিং যুক্তমনু শান্তনবাদিহ ॥১১॥
যং হি সেনাপ্রণেতারং ভবান্ বক্ষ্যতি সংযুগে। তং বয়ং সহিতাঃ সর্ব্বে করিষ্যামো ন সংশয়ঃ ॥১২॥

## কর্ণ উবাচ।

সর্ব এব মহাত্মান ইমে পুরুষসত্তমাঃ। সেনাপতিত্বমর্হন্তি নাত্র কার্য্যা বিচারণা ॥১৩॥
কুলসংহননজ্ঞানৈর্বলবিক্রমবুদ্ধিভিঃ। যুক্তাঃ শ্রুতজ্ঞা ধীমন্ত আহবেষ্বনিবর্ত্তিনঃ ॥১৪॥
যুগপন্ন তু তে শক্যাঃ কর্ত্তুং সর্বে পুরঃসরাঃ। এক এব তু কর্ত্তব্যো যস্মিন্ বৈশেষিকা গুণাঃ ॥১৫॥
অন্যোন্যস্পর্দ্ধিনাং হ্যেষাং যদ্যেকং ত্বং করিষ্যসি। শেষা বিমনসো ব্যক্তং ন যোৎস্যন্তি হিতাস্তব ॥১৬॥

---

ওাকৃপি কন্‌বিরম্মি ॥৬॥ "তাইবং মী অমনা তৌওম্‌দবা থবক্‌পু পাঙ্‌খোক্লম্‌হনা স্বর্গতি ওই-খ্রগে খন্দুনা লৈথোক্‌পিখ্রে। হৌজিক্, হায়য়ু, মরূপকী মতম্‌দা কনানা সেনাপতি ওইবদা খ্বাইদগী মতীক্ চাবগে? ॥৭॥ কর্ণ! অকন্‌বা! হিনাউশাবা য়াওদবা হিনা, মীকুপ অমতা ঈয়ায়দা লৈবা য়াদবগুম্, নেতা লুচিংবা য়াওদনা লাম্মা তেঙ্গোল্ অমনা, মীকুপ্ অমত কাওবা লৈবা য়াবা নত্তে" ॥৮॥ হিনাউশাবা অখোবা মী য়াওদনা, সারথি য়াওদবা রথনা, মনীঙ্ তম্না কোয়চৎ চৎপদুগুম্না, সেনাপতি য়াওদবা লাম্মী মপৈন্থু মীকুপ্তা পুম্‌চাই চাইখিদে।" ॥৯॥ লম্লোল্ ঈতীক্ তৌবশিংনা, মখোয়না লৈরু লৈরুবা, চৎলু চৎলুবা, মকম্ অতুদা, খোঙবু অমদি খঙ্‌নহন্নবা কংজ্রবদি অরাবা কংবা, কান্নদবা অত্তুগুম্না নেতা য়াওদবা, সেনাপতি লৈতবা লাম্মীশিংসু অরাব থুদোং থীবা কংভিদে।" ॥১০॥ অতুনা, অকন্‌বা! মরূপ! নহাক্না মুন্না খল্লগা হায়য়ু ঈবুঙো ভীষ্মগী মতুংদা সেনাপতি ওইবদা খ্বাইদগী মতীক্ চাবা মীশক্‌সি ঐগী তেঙ্গোল আসদা, নংগী মক্তা কনানো? ॥১১॥ নহাক্ন হায়দোরক্‌প অকন্‌বা মীশক্ অদুতবু ঐখোয়না সেনাপতি হাপকনি ॥১২॥ কর্ণনা হায় :- তেঙ্গোল আসদা তোম্‌খিল্ ওইনা বাওরিবা, অকন্‌বা এমিং চৎলবশিং অসে, সেনাপতি ওইবদা মতীক চারবামক্কনি। মসিদা, থোইদোক্‌পা খন্নকম্ লৈতনা ॥১৩॥ মরম্‌দি, কৌরব পক্কদা য়াওরিবা মচীন্তোঙ্‌বা অকন্‌বশিং অসি শাগৈজাত্তা, মশাদা, বুদ্ধিদা, মপাঙ্গন্দা মথৌনাদ., মবুদ্ধিদা শাস্ত্র অমদি শাস্ত্রজ্ঞানদা চঙখোল্লব মক্কনি। ঈকায়বা খঙ্‌লবা লান্দা নীঙতনুগন্দবা মক্কনি ॥১৪॥ অতুদা, মখোয় পুম্বা অমুক্তদদি সেনাপতি হাপ্পদ য়াদবনিনা, মখোয়গী মনুংদা খ্বাইগা মান্নদবা গুণ অমতং হেন্না য়াওবা মীশক্ অদু খল্লগা সেনপতি হাপ্পা তাই ॥১৫॥ অদুগা, অমগমগা হেন্‌বা তাম্নরিবা, শীংনরিবশিং অসিগী মনুংদা, রাখল্ ইতৌ

অয়ঞ্চ সর্ব্বযোধানামাচার্য্যঃ স্থবিরো গুরুঃ। যুক্তঃ সেনাপতিঃ কর্ত্তুং দ্রোণঃ শস্ত্রভৃতাং বরঃ ॥১৭॥
কো হি তিষ্ঠতি দুর্দ্ধর্ষে দ্রোণে ব্রহ্মবিদুত্তমে। সেনাপতিঃ স্যাদন্যোঽস্মাচ্ছুক্রাঙ্গিরসদর্শনাৎ ॥১৮॥
ন চ সোঽপ্যস্তি তে যোধঃ সর্ব্বরাজসু ভারত। দ্রোণং যঃ সমরে যান্তং নানুযাস্যতি সংযুগে ॥১৯॥
এষ সেনাপ্রণেতৄণামেষ শস্ত্রভৃতামপি। এষ বুদ্ধিমতাঞ্চৈব শ্রেষ্ঠো রাজন্! গুরুশ্চ তে ॥২০॥
এবং দুর্য্যোধনাচার্য্যমাশু সেনাপতিং কুরু। জিগীষন্তোঽসুরান্ সংখ্যে কার্ত্তিকেয়মিবামরাঃ ॥২১॥

## সঞ্জয় উবাচ।

কর্ণস্য বচনং শ্রুত্বা রাজা দুর্য্যোধনস্তদা। সেনামধ্যগতং দ্রোণমিদং বচনমব্রবীৎ ॥২২॥

## দুর্য্যোধন উবাচ।

বর্ণশ্রৈষ্ঠ্যাৎ কুলোৎপত্ত্যা শ্রুতেন বয়সা ধিয়া। বীর্য্যাদ্দাক্ষ্যাদধৃষ্যত্বাদর্থজ্ঞানান্নয়াজ্জয়াৎ ॥২৩॥
তপসা চ কৃতজ্ঞত্বাদ্বৃদ্ধঃ সর্বগুণৈরপি। যুক্তো ভবসমো গোপ্তা রাজ্ঞামন্যো ন বিদ্যতে ॥২৪॥
( যুগ্মকম্ )

---

তৌদনা অমবু সেনাপতি থোক্ হেক্ হাপ্তোক্পস্নু চুম্দে। মরম্দি, অতৈ লেম্হৌবশিং অগুদি নিংথৌ নহাক্কী কননবত খল্লিদি হায়ববু, মথ্াক্ট পুংওাইত খবদগী মথ্াক্ট য়াওনদি .শাক্করবোই ॥১৬॥ অদুগা, নিংথৌ! দ্রোণ হায়বা নিপাসে লাম্মী অয়াম্বশিংগী খুৎলাইগী গুরুনি, অহলসু ওইরে, খুৎলায় পায়বগী মনুংদসু হৌজিক্কী মতম্দা অথোইবনি। অদুনা, ঐগী মতদদি দ্রোণাচার্য্যবু সেনাপতি হাপ্ফম্ থোকই। মাবু সেনাপতি হাপ্পু ॥১৭॥ মরম্দি, লাক্ওম্ কাওম্ব্রবা, বেদ খঙবহৈবগী অথোইবা, শুক্র অমদি বৃহস্পতিগী মতোওম্ শিংল হৈরবা মহাক নত্তনা কনানা সেনপতি ওইগদগে? ॥১৮॥ ভরতনন্দন! দ্রোণনা সেনাপতি ওইদুনা লাল্কম্দা চঙ্লক্পা মতম্দা, মগাক্কী মতুং ইল্লক্লোইদোবা মীশক অমত লৈতে ॥১৯॥ মরম্দি নিংথৌ! লাম্মী তেঙ্গোল অমবু পুবদা, খুৎলায পায়বদা, হৈশিংবদা, মতম্ অসিদা, দ্রোণনা খ্াইদগী অথোইবনি পুম্নমক্কী মথক্তা। দ্রোণাচার্য্যদি নিংথৌ নহাক্কী গুরুসু গুরুনি ॥২০॥ অদুনা, মরাপ, দুর্য্যোধন নিংথৌ দেবরাজ, ইন্দ্রনা দৈত্যদানবশিংবু জয় তৌগে হায়বগীদমক্ কার্ত্তিকপু সেনাপতি হাপ্খিবত্তুম্না নহাক্সু আচার্য্য অসিবু থুনা য়াওনা সেনাপতি হাপ্পবা তৌ ॥২১॥

সঞ্জয়না হায়ঃ—নিংথৌ দুর্য্যোধননা কর্ণগী য়া অসি তাবদা, দ্রোণাচার্য্যগী মকমদা চঙশিন্দুনা অসুম্না হায়খি ॥২২॥ আচার্য্য! গুরুদেবা! বর্ণগী মনুংদসু অথোইবা ওইবা ব্রাহ্মণ কুলদা পোকপা, অকবা গোত্রদসু পোকপী, শাস্ত্র-শাস্ত্র অনীমক্কী জ্ঞাননতিনবা, চহীদা অমদি বিদ্যাদসু অহেন্বা, থবক্ত হৈশিংবা, পাঙ্গল থৌনা মথৌ খঙবা, নীতি শাস্ত্র খঙবা হৈবা, জয় ওইগন্বা, তপস্যাকন্বা, তৌবিমল খঙবা হায়রিবা গুণশিং অসিনা পুল্লপ্পা তিল্লবা, চহীদসু অহল ওইরবা গুরুদেবনি। অদুনা, ঐগী তেঙ্গোল অসিগী মনুংদা গুরুদেব নত্তনা, অমুক্

স ভবান্ পাতু নঃ সর্ব্বান্ বিবুধানিব বাসবঃ। ভবন্নেত্রাঃ পরান্ জেতুমিচ্ছামো দ্বিজসত্তম।।২৫।
রুদ্রাণামিব কপালী বসূনামিব পাবকঃ। কুবের ইব যক্ষাণাং মরুতামিব বাসবঃ।২৬।
বশিষ্ঠ ইব বিপ্রাণাং তেজসামিব ভাস্করঃ। পিতৃণামিব ধর্ম্মেন্দ্রো যাদসামিব চাম্বুরাট্।।২৭।
নক্ষত্রাণামিব শশী দিতিজানামিবোশনা। শ্রেষ্ঠঃ সেনাপ্রণেতৄণাং স নঃ সেনাপতির্ভব।।২৮।
( বিশেষকম্ )

অক্ষৌহিণ্যো দশৈকা চ বশগাঃ সন্তু তেঽনঘ।। তাভিঃ শত্রূন্ প্রতিব্যূহ্য জহীন্দ্রো দানবানিব।।২৯।
প্রয়াতু নো ভবানগ্রে দেবানামিব পাবকিঃ। অনুযাস্যামহে ত্বাজৌ সৌরভেয়া ইবর্ষভম্।।৩০।
উগ্রধন্বা মহেষ্বাসো দিব্যং বিস্ফারয়ন্ ধনুঃ। অগ্রে ভবন্তং ত্বাং দৃষ্ট্বা নার্জ্জুনঃ প্রহরিষ্যতি।।৩১।
ধ্রুবং যুধিষ্ঠিরং সংখ্যে সানুবন্ধং সবান্ধবম্। জেষ্যামি পুরুষব্যাঘ্র! ভবান্ সেনাপতির্যদি।।৩২।

পাক্‌চাউরবা লাম্মী অসি ঙাকৃপিনবা কনা অমতা য়াওদে ॥২৩—২৪॥ অদুনা ব্রাহ্মণ অথোইবা, গুরুদেব! গুরুদেববু খ্বাইগী লুচিংবা সেনাপতি হাপ্‌চরগা য়েক্লবগী পক্কবু জয় তৌগে হায়রনা আশা তৌজরি। মরম অদুনা, ইন্দ্রনা দেবতাশিংবু ঙাকৃপিবা কন্‌বিবা অদুগুম্না গুরুদেবনা ঐখোয়পুম্নবু ঙাকপি শেন্‌বিয়্‌ ॥২৫॥

রুদ্রশিংগী মনুংদা শিবগুম্না বসুগী মনুংদা মৈ কৌবা লাইগুম্না,
যক্ষগী মনুংদা কুবেরগুম্না লাইয়াম্‌গী মনুংদা ইন্দ্রগুম্না,
ব্রাহ্মণগী মনুংদা বশিষ্ঠগুম্না, গ্রহগী মনুংদা নুমিৎকুম্না,
পিতৃলোককী মনুংদা যমগুম্না, ঈশিংগী-জীবগী মনুংদা বরুণগুম্না,
থবান্‌মিচাক্ মরক্তা থাজগুম্না, দৈত্যশিংদ শুক্রাচার্য্যগী মতৌগুম্না,
গুরুদেবনি কৌরবপক্ষ অসিগী। লুচিংবশিংগী মনুংদা লুচিংবনি।
কৌরব তেঙ্গোল মপুম্‌সিংগী গুরুদেবনা সেনাপতি ওইবিরো ॥২৬—২৮॥

পাপকী শরুক্ য়াওদ্রবা আচার্য্যদেব! লাম্মী অক্ষৌহিণী তরামাখোইনা শাবা, ঐগী তেঙ্গোল অসিগী মহাসেনাপতিদু গুরুদেবনা ওইবিয়্‌। গুরুদেবনা লাম্মী মপৈ অসিবু নীওতম্না শীজিন্নবিয়্‌। য়েক্লবশিংগী ব্যূহগী বিরুদ্ধদা মতীক্ চাবা ব্যূহ অম শাবিনবা তৌবিয়্‌। ঐগী লাম্মীশিংবু নিয়ম নাইনা ব্যূহগী মওংদা থম্বিরগা, ইন্দ্রনা দানবশিংবু নৈহত্তনা তুম্‌হন্‌খিবগুম্, গুরুদেবনা ঐগী য়েক্লবশিং অসিবু লোইখোক্‌পিয়্‌ ॥২৯॥ লাইগী সেনাপতি কার্ত্তিকনা লাইয়াম্‌গী মাঙ্ থাদুনা লাক্লংবদুগুম গুরুদেবসু কৌরব লাম্মী পুম্নমক্কী মাঙ থাদুনা লাক্লংবিয়্‌। শন্‌বী শন্নাও-অচম্বা শললাবশিংনা ময়ায় কারবা, মচুম্ তারবা কাওজাও অমগী মতুংইন্নবগুম, ঐখোয় পুম্না গুরুদেবগী তুংইন্নগে ॥৩০॥ "অসোম্‌দা. অর্জ্জুননা মাগী গাণ্ডীবলীরুংবু পায়খত্তুনা খ্বাইগী মাঙ থাদুনা, লীরী চিংদুনা তেন্জা থোংদুনা চণ্ডলপবসু, গুরুদেববু হেক্ উবদা তেল্ কাম্বাও গুম্‌প্রোইদবনি ॥৩১॥ মরম অদুনা গুরুদেব! সেনাপতি ওইবিয়্‌, গুরুদেবনা

### সঞ্জয় উবাচ।

এবমুক্তে ততো দ্রোণং জয়েত্যুচুর্নরাধিপাঃ। সিংহনাদেন মহতা হর্ষয়ন্তস্তবাত্মজম্ ॥৩৩॥
সৈনিকাশ্চ মুদা যুক্তা বর্দ্ধয়ন্তি দ্বিজোত্তমম্। দুর্য্যোধনং তদা রাজন্! দ্রোণো বচনমব্রবীৎ ॥৩৪॥

### দ্রোণ উবাচ।

বেদং ষড়ঙ্গং বেদাহমর্থবিদ্যাঞ্চ মানবীম্। ত্রৈয়ম্বকমথেষ্বস্ত্রং শস্ত্রানি বিবিধানি চ ॥৩৫॥
যে চাপ্যুক্তা ময়ি গুণা ভবদ্ভির্জয়কাঙ্ক্ষিভিঃ। চিকীর্ষুস্তানহং সর্ব্বান্ যোধয়িষ্যামি পাণ্ডবান্ ॥৩৬॥
পার্ষতন্তু রণে রাজন্! ন হনিষ্যে কথঞ্চন। স হি সৃষ্টো বধার্থায় মমৈব পুরুষর্ষভ! ॥৩৭॥
যোধয়িষ্যামি সৈন্যানি নাশয়ন্ সর্ব্বসোমকান্। ন চ মাং পাণ্ডবা যুদ্ধে যোধয়িষ্যন্তি হর্ষিতাঃ ॥৩৮॥

### সঞ্জয় উবাচ।

স এবমভ্যনুজ্ঞাতশ্চক্রে সেনাপতিং ততঃ। দ্রোণং তব সুতো রাজন্! বিধিদৃষ্টেন কর্ম্মণা ॥৩৯॥
অথাভিষিষিচুর্দ্রোণং দুর্য্যোধনমুখা নৃপাঃ। সৈনাপত্যে যথা স্কন্দং পুরা শক্রমুখাঃ সুরাঃ ॥৪০॥
ততো বাদিত্রঘোষেণ শঙ্খানাঞ্চ মহাস্বনৈঃ। প্রাদুরাসীৎ কৃতে দ্রোণে হর্ষঃ সেনাপতৌ তদা ॥৪১॥

---

সেনাপতি ওইদুনা মাগী খোঙলোয় লাম্মী মরূপ্ মপাংশিংগা লোয়ননা যুধিষ্ঠিরবু জয় তৌজগে" ॥৩২॥ সঞ্জয়না হায় ঃ—নিংথৌ দুর্য্যোধননা অসুম্না হায়রক্লবদা, নিংথৌ-প্রজালাম্মী পুম্নমকনা, সিংহনাদ লাউনরক্লুনা, দুর্য্যোধনগী মপুক্নীং শুংঙাইহন্‌গে হায়বগীদমক্ দ্রোণাচার্য্যবোমদা ওন্‌শিন্দুনা জয়ধ্বনি লাউরক্‌ই ॥৩৩॥

মহারাজ! লাম্মীশিংনসু দ্রোণাচার্য্যগী জয় লাউদুনা মহাক্‌পু শুংঙাইহনখি-পুক্নিং থৌগৎখি ॥৩৪॥ দ্রোণনা হায়রক্‌ই ঃ—নিংথৌ, দুর্য্যোধন! ন্যায়ব্যাকরণনচিংবা অঙ্গ তরুক্না লোয়নব বেদ মরি ঐ হৈ-খঙই। মনুনা হায়রম্বা-লেংলম্বা নীতি পুম্বা খঙই। পাশুপাত কৌবা খুৎলায় অমু শী জম্নবা হৈ অমুগা, অসি নত্তবা লোকত চৎনবা খুৎলায় কয়াসু, ঐ খঙই ॥৩৫॥ অদুনা নখোয়না জয় ওই নিংদুনা, ঐগী গুণ ময়াম্ শীঙ্‌থাম্রীবশিং অদুবু চপ্ চানা থবক্ উৎননবগী, ঐ পাণ্ডবশিংগা থেংনগনি ॥৩৬॥ অদুদা, নিপা অথোইবা, নিংথৌ! ঐ, লান্দা করিগুম্বদসু, ধৃষ্টদ্যুম্নদি হাৎলোই মরমদি ব্রহ্মানা, ঐবু হাৎননবা, মহাক্‌পু শেম্‌খিবনি ॥৩৭॥ "অমু ওইরবসু, দুর্য্যোধন! য়েক্নবগী লাম্মীশিংবু অমুগা সোমকশিংবু মশীঙ লাক্‌তম্‌দনা হাৎ হাত্তুনা, লাশ্লেংনগনি অদুদা, পাণ্ডবশিংসিদি য়াম্না হৈশংনদি ঐগা থেংনরোই" ॥৩৮॥ সঞ্জয়না হায় ঃ—মহারাজ! দ্রোণনা অসুম্না হায়রবদা, অমাদ সেনাপতি ওইবু হায়বা য়াম্নবদা, নচাঙ্গীবুঙো দুর্য্যোধননা যুদ্ধশাস্ত্রগী নিয়মবিধি কায়দনা, দ্রোণাচার্য্যবু খ্বাইগী মাঙদা, সেনাপতি বথিল্লে ॥৩৯॥ অমুগী তুংদা, মমাঙ্ হৈদা, ইন্দ্রনাচিংবা দেবতা পুম্নমকনা কার্ত্তিকপু সেনাপতি বথিল্লগা, অভিষেক শৌখিবগুম্ দুর্য্যোধননাচিংবা কৌরবপক্ষগী লাম্মী নিংথৌ পুম্নমকনা দ্রোণবু সেনাপতিগী পদবীদা অভিষেক তৌখ্রে ॥৪০॥ দ্রোণবু সেনাপতি হাপ্‌খ্রবা তুং অসিদা, পুংশেল যন্ত্র-মোইবুংনাচিংবগী

ততঃ পুণ্যাহঘোষেণ স্বস্তিবাদস্বনেন চ। সংস্তবৈর্গীতশব্দৈশ্চ সূতমাগধবন্দিনাম্ ॥৪২॥
জয়শব্দৈর্দ্বিজাতীনাং সুভগানর্ত্তিতৈস্তথা। সৎকৃত্য বিধিবদ্দ্রোণং মেনিরে পাণ্ডবান্ ॥৪৩॥
( যুগ্মকম্

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বনি
দ্রোণাভিষেকে দ্রোণাভিষেচনে চতুর্থোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

খোঙ্গেম্লা কৌরব তেঙ্গোল্ অহু পূম্নিন্নিন্খি ॥৪১॥। অহুগা লাম্মী খুম্নমক্ সুংঙাইবনা মথুম্ মরাং হৌখি ॥৪১॥ মতম অহুদা, স্বস্তিবাচন, স্বস্ত্যয়ন, পুণ্যাহবাচনগী বেদধ্বনিনা অহুগা বন্দিচারণশিংগী লৈশিলৈথোন্বগী, শৈরেং শৈশকী খোঙ্গেম্লা, ব্রাহ্মণশিংগী আশীর্ব্বাদ অমদি জয়ধ্বনিগী খোঙ্গেম্লা, জগোঈ শাবীশিংগী জগোঈ অমদি ঈশৈনা, দ্রোণবু সুংঙাইহন্দুনা, য়াম্ন হরাউ তয়াম্লা পাণ্ডবসিংবু অয় তৌরেদম্লা হায়না খন্খ্রে ॥৪২—৪৩॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক্লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, দ্রোণ পর্ব্বদা দ্রোণাভিষেককী মতাংদা "দ্রোণাভিষেচন" গী মরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ

### মঙাশুবা অধ্যায়

( বিরাট দেশদা দ্রৌপদীনা তেংথাবা )

—:(০):—

সঞ্জয় উবাচ।

সৈনাপত্যন্তু সংপ্রাপ্য ভারদ্বাজো মহারথঃ। যুযুৎসুর্ব্যূহ সৈন্যানি প্রায়াত্তব সুতৈঃ সহ ॥১॥
সৈন্ধবশ্চ কলিঙ্গশ্চ বিকর্ণশ্চ তবাত্মজঃ। দক্ষিণং পার্শ্বমাস্থায় সমতিষ্ঠন্ত দংশিতাঃ ॥২॥

---

সঞ্জয়না হায় ঃ— মহারাজ! অসিগীতুংদা দ্রোণাচার্য্যনা সেনাপতিগী কম্মদা কারগুনা, লাম্মীশিং অহুব ব্যূহগী মওংদা থম্হনা, লাল্ শোক্নগে হায়না খল্লগুনা দুর্য্যোধননচিংবা নচা ঈবুঙোশিংগা লোয়ননা লাল্কম্লোম্দা যাত্রা তৌরকলে ॥১॥ সিন্ধু নিংথৌ জয়দ্রথ, কলিঙ্গ নিংথৌ অমদি

প্রপক্ষ: শকুনিস্তেষাং প্রবরৈর্হয়সাদিভি: । যযৌ গান্ধারকৈ: সার্দ্ধং বিমলপ্রাসযোধিভি: ।৩।
কৃপশ্চ কৃতবর্ম্মা চ চিত্রসেনো বিবিংশতি: । দু:শাসনমুখা যত্তা: সব্যং পক্ষমপালয়ন্ ।৪।
তেষাং প্রপক্ষা: কাম্বোজা: সুদক্ষিণপুর: সরা: । যযুরশ্বৈর্মহাবেগৈ: শকাশ্চ যবনৈ: সহ ।৫।
মদ্রাস্ত্রিগর্ত্তা: সাম্বষ্ঠা: প্রতীচোমালবা: । শিবয়: শূরসেনাশ্চ শূদ্রাশ্চ মলয়ৈ: সহ ।
সৌবীরা: কিতবা: প্রাচ্যা দাক্ষিণাত্যাশ্চ সর্ব্বশ: ।৬।
তবাত্মজং পুরস্কৃত্য সূতপুত্রস্য পৃষ্ঠত: । হর্ষয়ন্ত: স্বসৈন্যানি যযুস্তব সুতৈ: সহ ।৭। (যুগ্মকম্)
প্রবর: সর্ব্বযোধানাং বলেষু বলমাদধৎ । যযৌ বৈকর্ত্তন: কর্ণ: প্রমুখে সর্ব্বধন্বিনাম্ ।৮।
তস্য দীপ্তো মহাকায়: স্বান্যনীকানি হর্ষয়ন্ । হস্তিকক্ষ্যো মহাকেতুর্ব্বভৌ সূর্য্যসমদ্যুতি: ।৯।
ন ভীষ্মব্যসনং কশ্চিদ্দৃষ্ট্বা কর্ণমমন্যত । বিশোকাশ্চাভবন্ সর্ব্বে রাজান: কুরুভি: সহ ।১০।
হৃষ্টাশ্চ বহবো যোধাস্তত্রাজল্পন্ত সঙ্গতা: । নহি কর্ণং রণে দৃষ্ট্বা যুধি স্থাস্যন্তি পাণ্ডবা: ।১১।
কর্ণো হি সমরে শক্তো জেতুং দেবান্ সবাসবান্ । কিমু, পাণ্ডুসুতান্ যুদ্ধে হীনবীর্য্যপরাক্রমান্ ।১২।

---

নচাঈবুঙো বিকর্ণ মখোয় অহুম্ অসিনা শেম্ শাদ্বনা লান্মীশিংগা লোয়নননা বেহু অদুগী য়েথংবা নাকৃথং ওইদুনা লৈখি ॥২॥ মক্তুব-লংলবা তাশাং পায়বা, থাঙ্-তাগী লান্দা হৈশিংলবা গান্ধারদেশগী শগোল্ তোংবা লান্মীশিংগা লোয়নননা শকুনিনা বেহুগী মাঙ্ লোম্দা লৈখি ॥৩॥ কৃপ, কৃতবর্ম্মা চিত্রসেন বিবিংশতি অদুগী দু:শাসননচিংবা অকন্বা লান্মীশিং অসিনা য়াম্ন চ্যোক্শিন্না বেহুদুগী ওয়থংবা মশা (নাকৃথং) ওইদুনা লৈখি ॥৪॥ কম্বোজদেশগী অকন্বা লান্মী-শিংনা সুদক্ষিণবু মাঙ্ থাহন্দুনা, অদুগা শকশিংনা শগোল্ তোংবা অমদি শাফুকল্লবা যবনশিংগা লোয়নননা, কৃপাচার্য্যনচিংবা অকন্বশিংগী মাঙ্থানা চৎখি ॥৫॥ মদ্র, ত্রিগর্ত্ত, অম্বষ্ঠ, মালব, শিবি, শূরসেন, শূদ্র, মলয়, সৌবীর, কিতবনচিংবা দেশগী অদুগা নোংপোক্ নোংচুপ্ অরাং অমদি মখাথংবা দেশশিং অসিগী লান্মীশিং অসিনা দুর্য্যোধনবু মাঙ্থাহন্দুনা, অতৈ অতৈ নচা ঈবুঙোশিংগা লোয়নননা কর্ণগী মতুংদা চৎলম্মি ॥৬—৭॥ লান্মী পুম্নমক্কী অথোইবা, বিকর্ত্তন-নন্দন কর্ণনা লান্মী পুম্নমক্কী মপুক্কীং থোগৎহন্দুনা, লীরুং পায়বা রথী পুম্নমক্কী মাঙ্ থানা চৎখি ॥৮॥ খাবকৃলাক্লবা শামুগুম্বা, রাংলবা ফিরাল্গুম্ রাং চাউরবা, নুংমৎকুম মশেক্মঙাল্ কল্লবা কর্ণগী মশেক্ মঙাল্পুরবা, রাং চাউরবা হকচাং অদুনা লান্মীশিং অদুগী থম্মোয়দা নুঙাইবা কিদবা পোক্হন্দুনা থোইনা নীঙথিজখি ॥৯॥ কর্ণগী মতৌ উবদা কনাগুম্বা অমতনা ভীষ্ম লৈখিদবত্থ খল্লুবা তৌদ্রে, নীঙ্শিংঙুদ্রে। কৌরব লাণ্মী নিংথৌপুম্বগী ভীষ্ম কায়নবগী অরাবত্থ, মীকুপ্ অমদা কাউখ্রে, মূৎখ্রে ॥১০॥ নিংথৌ-লাণ্মী পুম্নমক্না য়াম্না হরাও-নুঙাইখিদুনা অম্মুম্না হায়নরকই —"লৈপাকমচাশা ! লালকমদা কর্ণ মহাবীরবু উবদা পাণ্ডবশিংনা লানকমদা কুইনা অমুক্ পম্থন্দুনা লৈবা ঙম্মরোইদৌবনি" ॥১১॥ মরমদি কর্ণ হায়বা অকন্বা অসে

ভীষ্মেণ হি রণে পার্থাঃ পালিতা বাহুশালিনা। তাংস্তু কর্ণঃ শরৈস্তীক্ষ্ণৈর্নাশয়িষ্যতি সংযুগে ॥১৩॥
এবং ব্রুবতস্তেঽস্মাস্তং হৃষ্টরূপা বিশাংপতে ।। রাধেয়ং পূজয়ন্তশ্চ প্রশংসন্তশ্চ নির্যযুঃ ॥১৪॥
অস্মাকং শকটব্যূহো দ্রোণেন বিহিতোঽভবৎ। পরেষাং ক্রৌঞ্চ এবাসীদ্ব্যূহো রাজন্। মহাত্মনাম্।
প্রীয়মাণেন বিহিতো ধর্ম্মরাজেন ভারত। ॥১৫॥
ব্যূহপ্রমুখতস্তেষাং তস্থতুঃ পুরুষর্ষভৌ। বানরধ্বজমুচ্ছ্রিত্য বিষ্বক্সেনধনঞ্জয়ৌ ॥১৬॥
ককুদং সর্ব্বসৈন্যানাং ধাম সর্বধনুষ্মতাম্। আদিত্যপথগঃ কেতুঃ পার্থস্যামিততেজসঃ।
দীপয়ামাস তৎ সৈন্যং পাণ্ডবস্য মহাত্মনঃ ॥১৭॥
যথা প্রজ্বলিতঃ সূর্য্যো যুগান্তে বৈ বসুন্ধরাম্। দীপ্যন্ দৃশ্যেত হি তথা কেতুঃ সর্বত্র ধীমতঃ ॥১৮॥
যোধানামর্জ্জুনঃ শ্রেষ্ঠো গাণ্ডীবং ধনুষাং বরম্। বাসুদেবশ্চ ভূতানাং চক্রাণাঞ্চ সুদর্শনম্ ॥১৯॥

---

ইন্দ্রমকক্ষু থেংনবা ঙম্বনি। অদুনদি, ইন্দ্রগুম্নদি মথৌনা মপাঙ্গল লৈত্রবা পাণ্ডবশিংগীদি অমুক করি হায়রুরনি ॥১২॥ মপাম্বোম্ কল্লবা, ভীষ্মনা পাণ্ডবশিংবু নহাম্ন হাৎখিবা য়ারবনি; অদুবু চান্‌বিদুনা, মুংশিবিদুনা মবুধৌ ভীষ্মনা মখোয়বু হাৎপিখিদবনি, হাৎপিদবদগী হেন্দোক্কুনা কম্বিরম্বনি। কর্ণনদি মদু তৌররোইদৌবনিনা, মহাক্কী থৌর থৌরবা তেম্না পাণ্ডবশিংবু শোয়দনা হাৎলরগদবনি ॥১৩॥

মহারাজ! মতৌঅম্মু, লাম্মীশিংনা কর্ণবু থাগৎ থাগৎনা লালুকম্‌লোমদা চৎলকলি ॥১৪॥ ভরতশাগৈগী মুংঙাইনবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ! ঐখোয়রোম্‌গী কৌরবপক্ষদা দ্রোণাচার্য্যনা শকটব্যূহ হায়বা লাম্মীশিংগী ফিরেপ্তনা রথ (গাড়ী) মওং মানবা বেহু অদু শাখি। অসোমদা পাণ্ডবকী পক্ষদনা যুধিষ্ঠিরনা বেহু অসিগী বিরুদ্ধদা ক্রৌঞ্চব্যূহ হায়বা, লাম্মীশিংগী ফিরেপতনা ক্রৌঞ্চ * কৌবা উচেক্ অদুগী মওং মানবা বেহু অদু শাখি ॥১৫॥ নিপা অথোইবা কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীমক্না য়োংতোংবা ফিরাল্ হায়গৎতুনা, রথগীমথক্তা বেহুঅদুগী মমাঙ্‌মক্তদা লৈখি ॥১৬॥ ঙমখৈ-লৈতনা, চাংদম্‌নীঙাই লৈতনা তেজলৈরবা, পূক্‌চেল্ মথৌনা চাউরবা অর্জ্জুনগী, নিংথৌগী খুদম্ পুম্বনা তিল্লবা, লীরুংপাইবপুম্বগী চঙজফম্‌গী মশক্ ওইরবা, নুমিৎকী লম্বীকাওবা থিংদুনা থম্‌গুম্বা রাংলবা ফিরাল্ অদুনা পাণ্ডবলাম্মী খুদিংগী থন্মোইদা অকিবা-মিপাইবনচিংবগী অমম্বনু কোকহন্দুনা, পূক্নিং-হক্‌চাং অনীমক্‌পু পুমঙাল্ ঙালহল্লম্মী ॥১৭॥ জগৎপুম্ববু পুম্ঙাল্ ঙালহন্‌বা প্রলয়গী মতম্‌গী নুমিৎকুম্বা, কল্লবা শিংলবা অর্জ্জুনগী ফিরাল্ অদু য়েংলক্‌য়েংলকপা মায়কৈদগী, অরাপ্ন-অনক্‌পদগী ইঙালঙাম্না অদুম্ মউই ॥১৮॥

জগত্তা খুৎলায়পায়বশিংদা, অর্জ্জুননা খ্বাইদগী অহেন্‌বনি।
জগত্তা লৈরিবা লীরুংশিংদ', গাণ্ডীবনা পূম্নমক্কী অথোইবনি।

---

* টীকা ঃ—"ক্রৌঞ্চ"বু কনা কনাগুম্বনা "উশায়" নি হায়; কনা কনাগুম্বানা "ঙানুথঙ্গোংনি হায়নৈ ॥

চত্বার্য্যেতানি তেজাংসি বহন্ শ্বেতহয়ো রথঃ। পরেষামপ্রতস্তস্থৌ কালচক্রমিবোদ্যতম্ ॥২০॥
এবং তৌ সুমহাত্মানৌ রণে সেনাগ্রগাবুভৌ। তাবকানাং মুখে কর্ণঃ পরেষাঞ্চ ধনঞ্জয়ঃ ॥২১॥
ততো জয়াভিসংরব্ধৌ পরস্পরবধৈষিণৌ। অবেক্ষতাং তদান্যোন্যং সমরে কর্ণপাণ্ডবৌ ॥২২॥
ততঃ প্রয়াতে সহসা ভারদ্বাজে মহারথে। সিংহনাদেন ঘোরেণ বসুধা সমকম্পত ॥২৩॥
ততস্তুমুলমাকাশমাবৃণোৎ সদিবাকরম্। বাতোদ্ধূতং রজস্তীব্রং কৌষেয়নিকরোপমম্ ॥২৪॥
ববর্ষ দ্যৌরনভ্রাপি মাসাংস্থিরুধিরাণ্যুত। গৃধ্রাঃ শ্যেনা বকাঃ কঙ্কা বায়সাশ্চ সহস্রশঃ।
উপর্য্যুপরি সেনাং তে তদা পর্য্যপতন্ নৃপ। ॥২৫॥
গোমায়বশ্চ প্রাক্রোশন্ ভযদান দারুণান্ রবান্। অকার্ষুরপসব্যঞ্চ বহুশঃ পৃতনাং তব।
চিখাদিষন্তো মাংসানি পিপাসন্তশ্চ শোণিতম্ ॥২৬॥
অপতদ্দীপ্যমানা চ সনির্ঘাতা সকম্পনা। উল্কা জ্বলন্তী সংগ্রামে পুচ্ছেনাবৃত্য সর্বশঃ ॥২৭॥
পরিবেষো মহাংশ্চাপি সবিদ্যুৎ স্তনয়িত্নুমান্। ভাস্করস্যাভবদ্রাজন্। প্রযাতে বাহিনীপতৌ ॥২৮॥

---

জগত্তা থরাই পানবশিংদা, কৃষ্ণনা খ্বাইদগী অথোইবনি
জগত্তা পায়নরিবাচক্রশিংদা, খ্বাইদগী সুদর্শননা অথোইবনি ॥১৯॥
'সিগুম্বা অথোইবা মরিপুবা, ভৌরবা শগোল মরিনা চিংবা
অর্জ্জুনগী অথোইবা রথনা, তেঙ্গোলগী মমাঙ্থানা লৈখি ॥২০॥

মতৌ অসুম্না অকন্‌বা কর্ণার্জ্জুন অনীনা তেঙ্গোল অনীগী মমাঙদা লৈখি। কৌরব তেঙ্গোলগী মমাঙদা কর্ণনা, অর্জ্জুননা পাণ্ডব পক্ষগী তেঙ্গোলগী মমাঙদা ॥২১॥ অদুগীতুংদা অমনা অমবু ওয়্গে হাৎকে হায়না শীঙ্নবা রাশন্না কর্ণ অর্জ্জুন অনী অসি তেঙ্গোল অনীগী মমাঙ্-মমাঙ্দা লৈনদুনা মুখামুখি ওইনা মীৎ কৃপ্তুনা য়েংনদুনা লৈখি ॥২২॥ অসিগী তুংদা; কৌরব তেঙ্গোল্ মায়কৈদগী সেনাপতি দ্রোণাচার্য্যনা তেঙ্গোল্ মপৈ অদুবু পুদুনা থোরক্পা মতম্, অদুদা লাউনরক্পা সিংহনাদগী মখোন্না পৃথিবী অসি থক্থক্ নীক্খি ॥২৩॥ মতম্ অদুদা লান্মীশিংগী অমদি শগোলশামু রথগী মখোং-চাকাগী হাইগৎলক্পা উফুল মপৈ অদুনা, লৈঙাঙ্ মচুশংলবা পাক্চাউরবা ফি অমনা কুপ্পগুম্, নুমিৎকা লোয়নননা নোংমদোন্ মকোয়পুম্ববু পুম্কুপ কৃপ্খি ॥২৪॥ মহারাজ! মতমু অদুদা অতিয়া অসি নোংদ কারমত লৈতে-মংদে হায়ববু, ঈগী, শদুম্গী, শরু ভারুগী মপৈ মপৈনা মরী ওইনা অতৎ অথম লৈতনা নোং ওইনা চুথখি। লাঙ্জা, কাক, খুমুপ্রঙ্, উরোক লিশিং ক্লিশিংনা লান্মীশং অদুগী কোক্থক্ কোক্থক্তা লাকদোগুম্, পাইথ-হুম্থরক্ই ॥২৫॥ লম্হুইশিংনা, শদুম চীক্কদবগী চাগদবগী ঈ-নাই থক্কদবগী, অকিব কংনা, অরাক্ অখংননা, খোংল খোলহনা, কৌরব লান্মী তেঙ্গোলগী ওয়রোম্‌দা চেন্‌শিন্নরক্লি ॥২৬॥ মহারাবগা লোয়ন লোয়নননা, বজ্র ভাই, শঙাইশেল্ পাই। ল'লব শঙাইশেল্‌শিংগী মমৈমশানা, লাল্কম্ অদুদা

এতে চান্যে চ বহবঃ প্রাদুরাসন্ সুদারুণাঃ　　উৎপাতা যুধি বীরাণাং জীবিতক্ষয়কারকাঃ ॥২৯॥
ততঃ প্রববৃতে যুদ্ধং পরস্পরবধৈষিণাম্ ।　　কুরুপাণ্ডবসৈন্যানাং শব্দেনাপূরয়জ্জগৎ ॥৩০॥
তে ত্বন্যোন্যং সুসংরব্ধাঃ পাণ্ডবাঃ কৌরবৈঃ সহ । অভ্যঘ্নন্ নিশিতৈঃ শস্ত্রৈর্জয়গৃদ্ধাঃ প্রহারিণঃ ॥৩১॥
স পাণ্ডবানাং মহতীং মহেষ্বাসো মহাদ্যুতিঃ । বেগেনাভ্যদ্রবৎ সেনাং কিরন্ শরশতৈঃ শিতৈঃ ॥৩২॥
দ্রোণমভ্যাগতং দৃষ্ট্বা পাণ্ডবাঃ সহ সৃঞ্জয়ৈঃ ।　　প্রত্যগৃহ্ণংস্তদা রাজন্ ! শরবর্ষৈঃ পৃথক্ পৃথক্ ॥৩৩॥
বিক্ষোভ্যমাণা দ্রোণেন ভিদ্যমানা মহাচমূঃ ।　　ব্যশীর্য্যত সপাঞ্চালা বাতেনেব বলাহকাঃ ॥৩৪॥
বহূনীহ বিকুর্ব্বাণো দিব্যান্যস্ত্রাণি সংযুগে ।　　অপীড়য়ৎ ক্ষণেনৈব দ্রোণঃ পাণ্ডবসৃঞ্জয়ান্ ॥৩৫॥
তে বধ্যমানা দ্রোণেন বাসবেনেব দানবাঃ ।　　পাঞ্চালাঃ সমকম্পন্ত ধৃষ্টদ্যুম্নপুরোগমাঃ ॥৩৬॥
ততো দিব্যাস্ত্রবিচ্ছূরো যাজ্ঞসেনির্মহারথঃ ।　　অভিনচ্ছরবর্ষেণ দ্রোণানীকমনেকধা ॥৩৭॥
দ্রোণস্য শরবর্ষাণি শরবর্ষেণ পার্ষতঃ ।　　সন্নিবার্য্য ততঃ সর্ব্বান্ কুরূনপ্যবধীদ্বলী ॥৩৮॥

---

শিন্থ্রংনা তাখি ॥২৭॥ মহারাজ ! সেনাপতি দ্রোণাচার্য্যনা থোরক্পা মতম্ অসিদা নোংথাংগী লৈয়্র মকোয় অমনা, পূম্লংলংনা, ঙংহুনা নুমিৎকী মকোয়গী অকোয়বদা থোক্খি ॥২৮॥ লান্দা অকন্বা কয়ানা তুম্খিগদবগী খুদম্শিং অম্রিত নত্তনা, অতৈ অতৈ অমঙ্গল ওইগদৌবগী তম্থিরবা উপদ্রব কয়ামরুম থোক্খি ॥২৯॥ অসিগীতুংদা, কৌরব পাণ্ডবপক্ষ অনীগী লান্মীশিংগী অকিবগী মশক্ ওইরবা, লাল্ অহু হৌরক্লে। লান্মীশিংগী খোল্লাউ ইনিন্না জগৎপুম্বা পূম্থল্ থন্খিবগুম্ তৌখি ॥৩০॥

থোইদোক্ল শাউরবা, শাফূকল্লবা, জয়গী আশা কম্ন তৌরবা, পাণ্ডবশিংনা কৌরবশিংগা থৌর থৌরবা খুৎলায়না অমগ অমগ কাপ্ন থিন্নবা হৌরক্লে ॥৩১॥ অসোমদা, মায়কৈ অমরোমদগী, অচৌবা লীরুং পায়রবা, কল্লবা সেনাপতি দ্রোণাচার্য্যনা থৌর থৌরবা তেল্ কাপ্শিন্ কাপ্শিন্দুনা পাণ্ডবশিংগী লান্মী মীরক্ খায়দুনা চেন্শিল্লক্ই ॥৩২॥ মহারাজ ! দ্রোণনা লাম্হৈংনগে হায়বগী-দমক্ চঙ্শিল্লকপদু উবদা, পাণ্ডবশিংনা সৃঞ্জয় লান্মী পূয়মক্ক লোয়নননা, তোঙান তোঙান্না কাপশিল্লক্ল্না দ্রোণগী মায়োক্ য়াখি ॥৩৩॥ মতুংদা দ্রোণাচার্য্যনা তকশিল্লকপা নৈখাইরকপদুনা, পাকচাউরবা পাণ্ডব লান্মী মপৈ অহু পঞ্চাল লান্মীশিংগা লোয়নননা, নুংশিৎনা হুমদোকখিবা নোংমচেৎ মচেৎশিংগী মতৌগুম্না পূমকায় কায়দুনা চেন্নখি ॥৩৪॥ দ্রোণনা খুদক্তা ওস্থোক্ ওস্থোক্পা খুৎলায় পুথোরক্ল্না পাণ্ডবাশিং অমাদি সৃঞ্জয়শিংবু নৈবা হৌরক্লে ॥৩৫॥ ইন্দ্রনা নৈরকপা দৈত্য-দানবশিংগী মতৌগুম্না দ্রোণনা নৈরক্লবা ধৃষ্টদ্যুম্ননচিংবা পঞ্চাল লান্মী পূম্নমক্ থক্ কক্ নীক্লরক্লে ॥৩৬॥ অদুগী তুংদা লাইগী খুৎলায় হৈরবা-খঙলবা, কল্লবা মহারথী ধৃষ্টদ্যুম্ননা তেন্তনা মনম্ মনম্ কাপ্শিল্লক্ল্না দ্রোণগী লান্মী তেঙ্গোল পূম্চাই চাইনা কায়হন্খি ॥৩৭॥ অদুদগী তুংদা কল্লবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা, তেম্না নোং ওইনা চুথহল্লক্ল্না দ্রোণগী তেল্—খুৎলায পুম্বু থিংদুনা, কৌরব

সংবৃত্ত্য তু ততো দ্রোণঃ সমবস্থাপ্য চাহবে। স্বমনীকং মহাবাহুঃ পার্ষতং সমুপাদ্রবৎ ॥৩৯॥
স বাণবর্ষং সুমহদসৃজৎ পার্ষতং প্রতি। মঘবান্ সমভিক্রুদ্ধঃ সহসা দানবেষ্বিব ॥৪০॥
তে কম্পমানা দ্রোণেন বাণৈঃ পাণ্ডবসৃঞ্জয়াঃ। পুনঃ পুনরভজ্যন্ত সিংহেনেবেতরে মৃগাঃ ॥৪১॥
তথা পর্য্যচরদদ্রোণঃ পাণ্ডবানাং বলে বলী। অলাতচক্রবদ্রাজন্। তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৪২॥
খচরনগরকল্পং কল্পিতং শাস্ত্রদৃষ্ট্যা। পবনধৃতপতাকাশোভিতং বল্গিতাশ্বম্।
স্ফটিকবিমলকেতুং ত্রাসনং শাত্রবাণাং। রণবরমধিরূঢঃ সঞ্জহারারিসেনাম্ ॥৪৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
দ্রোণাভিষেকে দ্রোণপরাক্রমে পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ ॥৫॥

——:০:——

লান্মীশিংদা মীপুম্ থীংনা তেন্না থাখি ॥৩৮॥ অদুগী তুংদা কল্লবা দ্রোণনু ; মহাক্কী লান্মী পুম্বু লাল্কম্‌দা নাকল্ অমদা অমুক্ শেমশাহ্নুনা থম্‌লগা ধৃষ্টদ্যুম্নগী মায়কৈরোম্‌দা চেল্‌শিল্লকই ॥৩৯॥ অদুগী তুংদা—ইন্দ্রনা দৈত্যদানবশিংগী মথক্তা খুংলাখ ময়াম্ হৈথরকপাগুম্না, শাউরবা দ্রোণনা ধৃষ্টদ্যুম্নগী মথক্ত .তম্না নোং চুবগুম চুথহল্লকলে ॥৪০॥ অসিগী তুংদা নোংশানা তান্‌খাক্টরকপদা শজীশড়াই মযাম্না চেল্লকপগুম্না, দ্রোণগী তেল মপৈনা পাইশিল্লকপদা, পাণ্ডবশিং অমদি সৃঞ্জয়শিং পুম্নমক্ মথং মথং নীক্কুনা চেন্নরে ॥৪১॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা কল্লবা দ্রোণাচার্য্যনা পাণ্ডব লান্মী মরক অদদা,—কোথরৈ লৈত্নুনা চৎপা মৈহুমগী মতৌগুম্না, হঙ্গং হন্দা কোয়চেল চেন্দুনা পাণ্ডব লান্মীশিংবু তান্নরকপা তৌরে। মদুমক্ অঙকপা অমওইনা থোকখি ॥৪২॥ নোংমদোম্থক্ত পাযবা, গন্ধর্ব্বশিংগী নগর অমগী মতৌগুম্বা, য়াম্না খুংশা হৈনা মতমচংনা শারবা, অকিবগী মশকওইরবা রথ অমদা তোংখত্তুনা, দ্রোণনা য়েক্লবগী লান্মীশিংবু মপৈ মপৈ হাৎপা হৌরক্লে মতম অসদা মহাক্কী রথ অদুগা ক্ষিরাল অদু নুংশিৎনা হুম্বদা অকিবগী মশক ওইনা হাইহুম্‌খ। শগোলশিং অদুনা চোং চোংদুনা চৎলম্মী। লীক্লাইগুম নীংথিজরবা ক্ষিরাল অদুনা অমুক য়েংবদা থোযনা নীংথিজৈ ॥৪৩॥

মক্কম্ অসিদা, শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, দ্রোণ পর্ব্বদা, দ্রোণাভিষেককী মনুদা দ্রোণপরাক্রমগী মঙাগুবা অধ্যায় লোইরে।*

———

# শ্রীমহাভারতম্

## ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ

তকরুশুবা অধ্যায়

( দ্রোণ হাৎপগী রাতাবা )

—:(•):—

### সঞ্জয় উবাচ।

তথা দ্রোণমভিঘ্নন্তং সাশ্বসূতরথদ্বিপান্। ব্যথিতাঃ পাণ্ডবা দৃষ্ট্বা ন চৈনং পর্য্যবারয়ন্ ।১।

ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা ধৃষ্টদ্যুম্নধনঞ্জয়ৌ। অব্রবীৎ সর্ব্বতো যত্তৈঃ কুম্ভযোনির্নিবার্য্যতাম্ ।২।

তত্রৈনমর্জ্জুনশ্চৈব পার্ষতশ্চ সহানুগঃ। প্রত্যগৃহ্ণাংস্ততঃ সর্বে সমাপেতুর্মহারথাঃ ।৩।

কেকয়া ভীমসেনশ্চ সৌভদ্রোঽথ ঘটোৎকচঃ। যুধিষ্ঠিরো যমৌ মৎস্যো দ্রুপদস্যাত্মজাস্তথা ।৪।

দ্রৌপদেয়াশ্চ সংহৃষ্টা ধৃষ্টকেতুশ্চ সাত্যকিঃ। চেকিতানশ্চ সংক্রুদ্ধো যুযুৎসুশ্চ মহারথঃ ।৫।

( বিশেষকম্ )

যে চান্যে পার্থিবা রাজন্! পাণ্ডবস্যানুযায়িনঃ। কুলবীর্য্যানুরূপাণি চক্রুঃ কর্ম্মাণ্যনেকশঃ ।৬।

সংভজ্যমানাং তাং দৃষ্ট্বা পাণ্ডবৈর্বাহিনীং রণে। ব্যাবৃত্য চক্ষুষী কোপাদ্ভারদ্বাজোঽন্ববৈক্ষত ।৭।

স তীব্রং কোপমাস্থায় রথে সমরদুর্ম্মদঃ। ব্যধমৎ পাণ্ডবানীকমভ্রাণীব সদাগতিঃ ।৮।

---

**সঞ্জয়না হায় ঃ**—মহারাজ! দ্রোণনা মতৌ অসুম্ন, শগোল, সারথি রথ অমদি শামুশিংগা লোয়ননা, লাম্মীশিংবু হাচ্চিল্লকপসি উবদা, পাণ্ডবশিংনা থল্লাই রাবা মিপাইবদগী হেন্না করিমত তৌবা ঙমখিদে—দ্রোণবু মখোয়না থিংবা ঙমাখদ্রে ॥১॥ মতম্ অদুদা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা, অর্জ্জুন অমদি ধৃষ্টদ্যুম্ন অনীমক্তা "য়াম্না থুনা য়াঙনা দ্রোণবু থিংননবা তোৎনহো" হাযনা হায়রমই ॥২॥ মতম্ অদুদা, অর্জ্জুননা অমদি খোংমী লাম্মীগা লোয়নরবা ধৃষ্টদ্যুম্ন অনীনা দ্রোণগী মায়োক্ য়াখি। অদুগী তুংদা কৈকয়শিং, ভীমসেন, অভিমন্যু, ঘটোৎকচ, যুধিষ্ঠির, নকুল, সহদেব, বিরাট, দ্রুপদগী মচাশিং, মথাই রাবিদ্রবা কিাবদ্রবা দ্রৌপদীগী মচা মডা, ধৃষ্টকেতু, সাত্যকি, শাউরবা চেকিতান, অদুগা মহারথী যুযুৎসু মখোয় পুম্নমক্ অসিসু চেলাশিল্লকলে ॥৩—৫॥ মহারাজ! নিংথৌ অতৈ অতৈসু পাণ্ডবশিংগী মতুং ইন্নরকই। মখোয়সু অচৌ অচৌবা শাগেজাত্ত পোকপগী অদগা মতীক মগুণ মখোনাগী চপ্ চাবা শক্তি উত্তুনা শোরুদা হৌখি ॥৬॥ মতম্ অদুদা পাণ্ডব অমদি পাণ্ডবলাম্মীশিংনা কৌরব লাম্মীশিংবু তকথায়রকলে হায়বাস উবদা, দ্রোণনা অকিবা কংলবা অশাউবগী মীৎয়েংনা মায়কৈ মরি ওন্দুনা য়েংলকই ॥৭॥ মতুং অদুদা, অচৌব রথ মথক্তা

রথানশ্বান্ নরান্ নাগানভিধাবন্নিতস্ততঃ । চচারোম্মত্তবদ্দ্রোণো বৃদ্ধোঽপি তরুণো যথা ॥৯॥
তস্য শোণিতদিগ্ধাঙ্গাঃ শোণাস্তে বাতরংহসঃ । আজানেয়া হয়া রাজন্নবিভ্রান্তাঃ শ্রিয়ং দধুঃ ॥১০
তমন্তকমিব ক্রুদ্ধমাপতন্তং যতব্রতম্ । দৃষ্ট্বা সংপ্রাদ্রবন্ যোধাঃ পাণ্ডবস্য ততস্ততঃ ॥১১
তেষাং প্রদ্রবতাং ভীমঃ পুনরাবর্ত্ততামপি । পশ্যতাং তিষ্ঠতামাসীচ্ছব্দঃ পরমদারুণঃ ॥১২॥
শূরাণাং হর্ষজননো ভীরূণাং ভয়বর্দ্ধনঃ । দ্যাবাপৃথিব্যোর্বিবরং পূরয়ামাস সর্ব্বতঃ ॥১৩॥
ততঃ পুনরপি দ্রোণো নাম বিশ্রাবয়ন্ যুধি । অকরোদ্রৌদ্রমাত্মানং কিরন্ শরশতৈঃ পরান্ ॥১৪॥
স তথা তেষ্বনীকেষু পাণ্ডুপুত্রস্য মারিষ ! । কালবদ্ব্যচরদ্দ্রোণো যুবেব স্থবিরো বলী ॥১৫॥
উৎকৃত্য চ শিরাংস্যুগ্রো বাহূনপি সুভূষণান্ । কৃত্বা শূন্যান্ রথোপস্থানুদক্রোশন্মহারথান্ ॥১৬॥
তস্য হর্ষপ্রণাদেন বাণবর্ষেণ চ প্রভো ! । প্রাকম্পন্ত রণে যোধা গাবঃ শীতার্দ্দিতা ইব ॥১৭॥

তোংলবা, লানথম্‌দা লাকৃওম্ ফাওমজ্রবা দ্রোণনা থোইদোক্লা সাউখিদুনা কল্লবা নোং নোংমুংশিংনা নোংশিংবু ঈচাই চাইনা হুম্‌দোক্‌খিবদুগুম্না, পাণ্ডব লাম্মীশিংবু পুংচাই চাইনা ভান্‌খাইরকলে ॥৮॥ মতম্ অদুদা, ফনা য়াম্না অহল ওইরবস্তু পাখং অমগী মতৌগুম্না, অকোয়বদা লৈরিবা য়েক্লব লাম্মী-লাম্মীশিংগী রথ শাগোলশামু অমদি খোঙমীশিংগী মায়কৈরোমদা চেল্‌শিল্ চেলশিন্দুনা অঙাওবা ময়াম কারবা অমগী মতৌগুম্না থেংনবা হৌরকলে ॥৯॥ মহারাজ ! লাল্লক্তা চেন্‌বগী ঈনা পূমতৈ তৈরবা, মহৌশানস্থ ওঙলবা, নুংশিৎকী মমাঙ্‌থানা চেল্লবা, অফবা জাত্ত পোক্লবা, মরিল্ লৈরবা, দ্রোণগী শগোলশিং অদু য়েংবদা থোইদোক্লা নীঙথিজখি ॥১০॥ ইন্দ্রিয়থুত্তম্‌চল্লবা, তৌখিব থবক্ত হন্দবা, অদুগী মথক্তা শাউরবা দ্রোণাচার্য্যনা চঙ্‌শিলকৃপা মতম্ অসিদা, পাণ্ডবপক্ষগী লাম্মী পূম্নমক্ মফম অমদগী অমদা, কাতুকারল্ কোয়চেল চেন্নরকলে ॥১১॥ অমুকমুক্ চেন্থোক্‌খিবা, অমুকমুক্‌সু চেল্‌শিল্লবা, ইপা পাখৎলবা পাণ্ডবলাম্মীশিং অদুগী অকিবা মিপাইবগী খোল্লাও অদু অকিব ফংনা পূম্‌নিন্ নিন্‌খি ॥১২॥ অকন্‌বশিংগী নুংঙাইনফম্ ওইবা অদুগা কিগন্‌বশিংগীদি কিনফম্ ওইরবা খোঞ্জেল্ অসিনা স্বর্গ মর্ত্ত্য অনীগী মরক্ত লৈবা অহাংবা মফম মথৈ পূমথল্ থলহন্‌খি ॥১৩॥ মতম্ অসিদা দ্রোণনা মাগী পরিচয় মমিংনচিংবা হায়র হায়র লাউর লাউরদুনা, তেল্ চামচামনা থুজি' ওইনা কাপ্‌শিল্লক্ত্না য়েক্লবলাম্মীশিংবু নৈহৎ নৈহৎনা, রুদ্রগী মুর্ত্তি লৌখ ॥১৪॥ ঈকাযখুম্নবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ ! অহল ওইরবস্তু লালফম্‌দদি পাখং কল্লবগী পাংথক ওইববা দ্রোণনা যুধিষ্ঠিরগী লাম্মী তেঙ্গোল মরক্তা যমরাজগী মতৌগুম্ কোয়চৎ চত্তুনা থেংনখি ॥১৫॥ তম্‌থিনাঅকিবগী মশক্ ওইরবা দ্রোণনা য়েক্লব লম্মীশিংগী মঙক্, তান্নচিংবনা লৈতেংলবা পাম্বোম কক্‌ককতুনা, রথ মথক্তা লৈরম্বা কনাগী রথী সারথী থুৎত-থুৎলায় পুম্বা পাইথোক্‌হন্‌খত্তুনা, নোংশাগী খোল্লাউ লাউ লাউদুনা শোক্লরকলে ॥১৬॥

মহারাজ ! দ্রোণগী মথরাই হরাউনা লাউরফপা সিংহনাদদা অদুগ, তেন্না নোংচুবগুম্

দ্রোণস্ত রথঘোষেণ মৌর্ব্বীনিষ্পেষণেন চ। ধনুঃশব্দেন চাকাশে শব্দঃ সমভবন্মহান্ ॥১৮॥
অথাস্ত ধনুষো বাণা নিশ্চরন্তঃ সহস্রশঃ। ব্যাপ্য সর্ব্বা দিশঃ পেতুর্নাগাশ্বরথপত্তিষু ॥১৯॥
তং কার্ম্মুকমহাবেগমস্ত্রজ্বলিতপাবকম্। দ্রোণমাসাদয়াঞ্চক্রুঃ পাঞ্চালাঃ পাণ্ডবৈঃ সহ ॥২০॥
স নাগরথপত্ত্যশ্বান্ প্রাহিণোদ্যমসাদনম্। অচিরাদকরোদ্দ্রোণো মহীং শোণিতকর্দ্দমাম্ ॥২১॥
তন্বতা পরমাস্ত্রাণি শরান্ সততমস্যতা। দ্রোণেন বিহিতং দিক্ষু শরজালমদৃশ্যত ॥২২॥
পদাতিষ্বস্যন্দনাশ্বেষু বারণেষ্বপি সর্ব্বশঃ। তস্য বিদ্যুদিবাভ্রেষু চরন কেতুরদৃশ্যত ॥২৩॥

স কেকয়ানাং প্রবরাংশ্চ পঞ্চ পাঞ্চালরাজঞ্চ শরৈঃ প্রমথ্য।
যুধিষ্ঠিরানীকমদীনসত্ত্বো দ্রোণোঽভ্যয়াৎ কার্ম্মুকবাণপাণিঃ ॥২৪॥
তং ভীমসেনশ্চ ধনঞ্জয়শ্চ শিনেশ্চ নপ্তা দ্রুপদাত্মজশ্চ।
শৈব্যাত্মজঃ কাশিপতিঃ শিবিশ্চ হৃষ্টা নদন্তোঽভ্যকিরন্ শরৌঘৈঃ ॥২৫॥
তেষামথো দ্রোণধনুর্বিমুক্তাঃ পতত্রিণঃ কাঞ্চনচিত্রপুঙ্খাঃ।

---

হৈথরকপসিদা য়েক্কবগী লাম্মী পুম্নমক্ নিংথমথাদা থক্ থক্ মীক্কবা শন্বীশনাউগুম্ থক্ থক্ নিক্কমক্লে ॥১৭॥ দ্রোণগী রথগী খোঞ্জেন্দা লীরী খীংবগী মখোন্দা, লীরী চিংবগী খোঙ্হোক্কা অমত্তা ওইনা পুনপ্রবা শব্দ, অতুনা নোংমদোন্ থন্না পুম্নিন্ নিন্খি ॥১৮॥ অতুগীতুংদা দ্রোণগী লীরীদগী পাইথোরকপা তেল লিশিংলিশিং চামচামনা মায়কৈ সনাইপুম্বদগী পাইশিন্খিহনা .য়েক্কবা লাম্মী তেঙ্গোলগী শগোল শামু রথ খোংমী লিশিং লিশিংবু লানকম্ লৈমায়থক্তা তুহল্লক্লে ॥১৯॥ মাতু উবদা পঞ্চালগী কল্লকল্লবা লাম্মীশিংনা পাণ্ডবশিংগা লোয়নননা, লীরুং তেল্গী শাকুনা, মৈরিথোক্লা চাক্লবা, খুংলায়গী ইনিন্ মন্নাম্ অতুনা, মৈমক্কী মতৌগুম্না চাক্লবা, মৈগুম্বা দ্রোণগী মনাক্ত চেন্শীন্খি ॥২০॥ দ্রোণনা য়েক্কবপঙ্কগী খোঙ্মী লাম্মী, শগোল্ শামু কক্কক্ত্না থাদয়কপা মতম্ অসিদা, মীকুপ্ অমগী মনুংদা লাল্কম্ অতু ঈতনা পীং পীং লাউনা লৈখোম থোক্ত্রে ॥২১॥ অমুক কন্নি উনথিবগে হায়ববু দ্রোণনা মথলমথা অয়াম্বা খুংলায় জাং জাং পুথোক্ত্না, মখোয়হুবু অতং অথম্ লৈতনা কাপ্শিল্লক্ত্না, মায়কৈপুম্বা পুমকপ কুম্না তেল্গী পাক্চাউরবা লাং অম থাকখি ॥২২॥ মুর মুরবা নোংগী মরক্তা নোংথাংনা হাইদোরকপগুম্ দ্রোণগী রাংচাউরবা, রথগী কিন্নাল অতুনা, য়েক্কবশিংগী শগোল শামু রথ খোংমীমপৈগী মরক্তগী থিন্দোয়ক্ত্না হাইগৎলক্ত্না ঈণ্ডান গুাম উনখি ॥২৩॥ মতুং অতুদা তৌখিবা হন্দবা মথোনা মরিল্ লৈরবা দ্রোণাচার্য্যনা, কেকয়দেশগী কল্লবা লাম্মী মঙাবু অতুগা দ্রুপদনিংথৌমকপুম্ন নৈহৎতুনা থনম্বগা, লাম্মী মন্নাম্ মরক থান্নমা, লাম্মীনা ঈকোয় কোয়শিল্লবা যুধিষ্ঠিরতম্না ফুজিন্খি ॥২৪॥ মতম অতুদা, ভীম্ অর্জ্জুন, সাত্যকি, ধৃষ্টদ্যুম্ন, শৈব্যনন্দন, কাশিরাজ, অমদি শিবি, মখোয় অসিনা অকিবা লৈতনা অহোয়নতুম রান্না হরাউনা সিংহনাদ লাউরহুনা চণ্ডশল্লক্ত্না দ্রোণগী মথক্তা তেন্না নোং চুবগুম হৈথরক্লে ॥২৫॥ মতম অতদা, দ্রোণগী লীরুংদগী পাইথোরকপা, তেন্ন তেমৈ সনানা হৎলবা, থোর থোরবা তেল্

ছিত্বা শরীরাণি গতাসবস্ত্বাং অশ্বত্থহীং শোণিতদিগ্ধগাত্রাঃ ॥২৬॥
সা যোধসংঘৈশ্চ রথৈশ্চ ভূমিঃ শরৈর্বিভিন্নৈর্গজবাজিভিশ্চ।
প্রচ্ছাদ্যমানা পতিতৈর্বভূব সমাবৃতা দ্যৌরিব কালমেঘৈঃ ॥২৭॥
শৈনেয়ভীমার্জ্জুনবাহিনীশং সৌভদ্রপাঞ্চালসকাশিরাজম্।
অন্যাংশ্চ বীরান্ সমরে মমর্দ্দ দ্রোণঃ সুতানাং তব ভূতিকামঃ ॥২৮॥
এতানি চান্যানি চ কৌরবেন্দ্র! কর্ম্মাণি কৃত্বা সমরে মহাত্মা।
প্রতাপ্য লোকানিব কালসূর্য্যো দ্রোণো গতঃ স্বর্গমিতো হি রাজন্! ॥২৯॥

এবং রুক্মরথঃ শূরো হত্বা শতসহস্রশঃ।
পাণ্ডবানাং রণে যোধান্ পার্ষতেন নিপাতিতঃ ॥৩০॥
অক্ষৌহিণীমভ্যধিকাং শূরাণামনিবর্ত্তিনাম্।
নিহত্য পশ্চাদ্ধৃতিমানগচ্ছৎ পরমাং গতিম্ ॥৩১॥
পাণ্ডবৈঃ সহপাঞ্চালৈরশিবৈঃ ক্রূরকর্ম্মভিঃ
হতো রুক্মরথো রাজন্! কৃত্বা কর্ম্ম সুদুষ্করম্ ॥৩২॥
ততো নিনাদো ভূতানামাকাশে সমজায়ত।
সৈন্যানাঞ্চ ততো রাজন্নাচার্য্যে নিহতে যুধি ॥৩৩॥
দ্যাং ধরাং খং দিশো বাপি প্রদিশশ্চানুনাদয়ন্।
অহো ধিগিতি ভূতানাং শব্দঃ সমভবদ্ভৃশম্ ॥৩৪॥

ময়াম্ অদুনা পাণ্ডব লান্মীশিং অদুগী শগোল শামু রথী খোংমী শিংগী মশামশাদগী কাওদোক্ লিখোক্খিহুনা লৈমুংদা মশক উদবমখৈ চঙশিন্খি ॥২৬॥ প্রলয়গী মতমগী নোংনা নোংমদোন্ কুপপ্রবদা দ্রোণগী তেন্না তুহল্লরুবা য়েক্লবপক্কগী খোংমী লান্মী শগোল শামুশীংতনা লালকম্ অদু পূমকুপ কুপখি ॥২৭॥ মহারাজ! নচাইবুডো দুর্য্যোধনগী ঐশ্বর্যসম্পত্তিগী চাওখৎপা পান্নবা দ্রোণনা ভীম অর্জ্জুন সাত্যকি, অভিমন্যু, কাশিরাজ অসিনচিংবা অকনবা খিবিকপু নৈবা হৌরক্লে ॥২৮॥ কৌরববংশগী ইন্দ্রগুম্বা নিংথৌ! নুমিৎনা অয়ুক্ নুংখিলচুপ্পা কন্না শাহল্লমলে হায়রগা, সন্ধ্যাগী মতমদা আস্তাচলদা লৈথখিবা তাখিবহুগুম্না, দ্রোণাচার্য্যনা য়েক্লবা লান্মী অয়াম্ববু হাৎলম্-নৈরমলে হায়রগা, ইহলোকপু থাদোক্লমদুনা, স্বর্গতি ওইখি ॥২৯॥ সনাতনা পূমহৈ ওইনা শারবা রথদা তোংবা মহারথী দ্রোণনা মতৌ অসুম্না পাণ্ডবলান্মী চাম-চাম লিশিং লিশিংবু হাৎলমলগা, ধৃষ্টদ্যুম্নগী মখুত্তা মথাই থাখি ॥৩০॥

অরাব খাণ্ডহৈরবা, তপ্থরবা, কল্লব দ্রোণাচার্য্যনা লালকমদা য়েক্লবালান্মী অক্ষৌহিনী অমযোম্নদগী হেল্লপ্ হাৎলম্লগা, অদুগা লান্দগী চেন্দবা অকনবা মমিং চৎপা কয়ামকম্ হাৎলমলগা, লালকমদগী অখোইবা গতিবু কংগনা স্বর্গ কাখি ॥৩১॥ মহারাজ! মতৌ অসুম্না, কৌরবলান্মীশিংগী অরক্কপগী মশক ওইরবা, মাগুনতাক্লবা মাম্নথীনবগী মশক ওইরবা পাণ্ডবশিংনা পাঞ্চালশিংগা লোয়ননা, অমনা তৌওমজ্রবা থবক তৌদুনা দ্রোণবু হাৎখি ॥৩২॥ মহারাজ! লান্দা দ্রোণবু হাৎপ্রবা তুং অসিদা, নোংমদোম্বক্ত লাইয়াম্না, লৈমায়থক্তা লান্মীশিংনা খোজেংলহৌনা লাউনখি ॥৩৩॥ স্বর্গ মর্ত্ত্য আকাশ অদুগা মায়কৈ পুম্বা "আঃ তোল্লিদা! তোল্লিদা, কত্রিয়গী লাল!" হায়রবা

দেবতাঃ পিতরাইজন পূর্ব্বে যে চান্ত বান্ধবাঃ। সদৃশুনিহতঃ তত্র জারযাজং মহারথম্ ॥৩৫
পাণ্ডবাস্ত স্বয়ং লব্ধা সিংহনাদান্ প্রচক্রিরে। সিংহনাদেন মহতা সমকম্পত মেদিনী ॥৩৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
দ্রোণাভিষেকে দ্রোণবধশ্রবণে ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

খোঙ্গেল অসিতনা পূমনিন্ নিন্খি ॥৩৭॥ নোংমদোম্বক্তা, লাইয়াম্না, দ্রোণগী মমাতৈগী পিতৃলোক পূমনক্লা মশক নাইনা নাইনা চোংথোরক্লুনা, লান্দা তুরবা দ্রোণবু হল্লা হল্লা থেংনখি ॥৩৫॥ অমরোমদা পাণ্ডবশিংনা দ্রোণবু ঙমহুনা, জয় ওইহুনা, খোঙ্গেল চৌনা সিংহনাদ লাউনখি। খোঙ্গেল অহুনা পৃথিবীবু থক্ থক্ নীক্হনখি ॥৩৬॥

মকম্ অসিদা, শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, দ্রোণপর্ব্বদা, দ্রোণাভিষেককী মনুংদা দ্রোণবধশ্রবণগী তরুকশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## সপ্তমোঽধ্যায়ঃ

### তরেৎশুবা অধ্যায়ঃ

( ধৃতরাষ্ট্রগী অনুতাপ )



ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

কিং কুর্ব্বাণং রণে দ্রোণং জঘ্নুঃ পাণ্ডবসৃঞ্জয়াঃ। তথা নিপুণমস্ত্রেষু সর্বশস্ত্রভৃতামপি ॥১॥
রথভঙ্গো বভূবাস্য ধনুর্ব্বাশীর্য্যতাস্যতঃ প্রমত্তো বাভবদ্দ্রোণস্ততো মৃত্যুমুপেয়িবান্ ॥২॥
কথং নু পার্ষতস্তাত! শত্রুভির্দুপ্রধর্ষণম্। কিরন্নিষুসংঘাতান্ রুক্মপুঙ্খাননেকশঃ ॥৩॥

ধৃতরাষ্ট্রনা হায় ঃ—সঞ্জয়! পাণ্ডবশিং অমদি সৃঞ্জয়শিংনা মতৌ করম্না, করম্না লায়োংনা দ্রোণবু হাৎখিবগে? দ্রোণ হায়বদি, খুৎলায় পায়বা পূমনককী মনুংদা অথোইবনি ॥১॥ দ্রোণগী রথ অদুবু হেক্তমক্ থুগাইখিব্রা? তেলকাপ্লমদাই মতমদা মাগী লীরুং অদুবু তেক্খিবরা? মন্ত্রগা করিজুবা চেক্শিনবা রাৎপদগী, ঈকোম্ কোয়া লৈশিংদা হাৎখিবরা? ॥২॥ ঈবুঙো, সঞ্জয়!

ক্ষিপ্রহস্তং দ্বিজশ্রেষ্ঠং কৃতিনং চিত্রযোধিনম্। দূরেষুপাতিনং দান্তমস্ত্রযুদ্ধেষু পারগম্ ॥৪॥
পাঞ্চালপুত্রো ন্যবধীদ্দিব্যাস্ত্রধরমচ্যুতম্। কুর্ব্বাণাং দারুণং কর্ম্ম রণে যত্তং মহারথম্ ॥৫॥ (বিশেষকম্)
ব্যক্তং হি দৈবং বলবৎ পৌরুষাদিতি মে মতিঃ। যদ্‌দ্রোণো নিহতঃ শূরঃ পার্ষতেন দুরাত্মনা ॥৬॥
অস্ত্রং চতুর্ব্বিধং বীরে যস্মিন্নাসীৎ প্রতিষ্ঠিতম্। তমিষ্বস্ত্রধরাচার্য্যং দ্রোণং শংসসি মে হতম্ ॥৭॥
শ্রুত্বা হতং রুক্মরথং বৈয়াঘ্রপরিবারিতম্। জাতরূপশিরস্ত্রাণং নাদ্য শোকমপানুদে ॥৮॥
ন নূনং পরদুঃখেন ম্রিয়তে কোঽপি সঞ্জয়। যত্র দ্রোণমহং শ্রুত্বা হতং জীবামি মন্দধীঃ।
দৈবমেব পরং মন্যে নন্বনর্থং হি পৌরুষম্ ॥৯॥
অশ্মসারময়ং নূনং হৃদয়ং সুদৃঢ়ং মম। যচ্ছ্রুত্বা নিহতং দ্রোণং শতধা ন বিদীর্য্যতে ॥১০॥
ব্রাহ্মে দৈবে তথেষ্বস্ত্রে যমুপাসন্ গুণার্থিনঃ। ব্রাহ্মণা রাজপুত্রাশ্চ স কথং মৃত্যুনা হৃতঃ ॥১১॥

---

য়েক্লবনা লাক্‌ওম্ কাওম্‌দবা, থোরব তেল্‌গী খুংকাপ্ কন্‌বা
লান্দা থোইনা হৈশিংবা, অওক্ ওকপা লাল্লোং হৈরবা,
য়াম্না লাম্নদগী তেলবু কাপ্‌ওম্বা, ইন্দ্রিয়বু খুদুম চল্লবা,
লাল্‌গী পোয়োল কুম্ব খওব, লাইগী খুৎলায় লোইনহৈবা
অকন্‌বগী ব্রতদগী লেওদবা, লান্দা অওকপত তৌওম্বা,
মশা থোইনবু চেক্‌শিল্লবা, মহারথী ব্রাহ্মণ অথোইবা,
ভরদ্বাজগী মচা অকন্‌বা, দ্রোণ কৌবা মহাকপু
পৃষতকী মশু ধৃষ্টদ্যুম্ননা, করম্নবু লান্দা হাৎখিবা ! ॥৩—৫॥

ঐগী রাখল্লদি, সঞ্জয়! নিপাথোক্‌পা, "মথৌনা-মপাঙ্গল" হায়রবসিদগী "মরাইবক্ত লাইন তমখিবা, হায়বদুনা কন্‌বা হেল্লি। খুদম হায়রবু, পাণ্ডবা কত্রবা ধৃষ্টদ্যুম্নবু দ্রোণাচার্য্যবু লান্দা হাৎখিবা সিমক্না ওইরে ॥৬॥ সঞ্জয়! ওসি নংনা ঐগোন্দা, খুৎলায়মথল্ মরিগুনা হৈরবা, লাল্‌গী অমদি খুৎলায়গী আচার্য্য ওইরবা দ্রোণনা লাল্‌কম্‌দা ভুখিবগী পাউ তাহল্লরবনিকো। ॥৭॥ আঃ! ওম্বোক্‌পনিদা সঞ্জয়! সনাতগী মশক্ ওইরবা কৈগী মউম্না কোয়শিল্লবা রথ মথক্তা ওাম্বোইবা, সনামণিমুক্তানা থাম্নবা লুহপ্ কোয়েৎনস্নু লৈতেংবা, অত্তগুম্বা দ্রোণবু হাৎখ্রে হায়বসি তাবদা, আচার্য্য মাবু কায়নবগী অরাবগী মৈচাক্ করিমত মুৎহন্‌বা ওম্‌দ্রে সঞ্জয়। ॥৮॥ চুম্মি, অমনা শিবদা, মাগী রাবনা অতোম্না কনাগুম্বা অমতনা শিঙ্‌মদে হায়বসে অচুম্ব ওইব তাই মরম্‌দি, কত্রবা, তমথিরবা পূক্‌চেল্ চেল্লবা ধৃতরাষ্ট্র কৌবা ঐনা দ্রোণশিরে তাবদা, হৌজিক কাওথা হিংদুনা লৈরি। "মরাইবক্তা লাইনা তমখিবা" হায়বসিনা মকল্লে, "নিপা থোকপা মথৌনা মহৈ" হায়বসি করিমত কান্নদবনি, অর্থ লৈতবনি ॥৯॥

ঐগী থম্মোয়সে, সঞ্জয়! কল্লবা নুংনা শাবনি, শোয়দ্রে। মরমদি দ্রোণগুরু নোংগাখ্রে হায়বা তাবকাওবদা, হৌজিককাও মচেৎ মচেৎ থোক্ত কায়দ্রি ॥১০॥ আঃ! সঞ্জয়! ওম্বোপনিদা।

শোষণং সাগরস্যেব মেরোরিব বিসর্পণম্। পতনং ভাস্করস্যেব ন মৃষ্যে দ্রোণপাতনম্ ॥১২॥
দৃপ্তানাং প্রতিষেদ্ধাসিদ্ধার্মিকাণাঞ্চ রক্ষিতা। যোঽহাসীৎ কৃপণস্যার্থে প্রাণানপি পরন্তপঃ ॥১৩॥
মন্দানাং মম পুত্রাণাং জয়াশা যস্য বিক্রমে। বৃহস্পত্যুশনস্তুল্যো বুদ্ধ্যা স নিহতঃ কথম্ ॥১৪॥
( যুগ্মকম্ )

তে চ শোণা বৃহন্তোঽশ্বাশ্ছন্না জালৈর্হিরণ্ময়ৈঃ। রথে বাতজবা যুক্তাঃ সর্বশস্ত্রাতিগা রণে ॥১৫॥
বলিনো হ্রেষিণো দান্তাঃ সৈন্ধবাঃ সাধুবাহিনঃ। দৃঢ়াঃ সংগ্রামমধ্যেষু কচ্চিদাসন্নবিহ্বলাঃ ॥১৬॥ (যুগ্মকম্)
করিণাং বৃংহতাং যুদ্ধে শঙ্খদুন্দুভিনিস্বনৈঃ। জ্যাক্ষেপশরবর্ষাণাং শস্ত্রাণাঞ্চ সহিষ্ণবঃ ॥১৭॥
আশংসন্তঃ পরান্ জেতুং জিতশ্বাসা জিতব্যথাঃ। হয়াঃ পরাজিতাঃ শীঘ্রা ভারদ্বাজরথোদ্বহাঃ ॥১৮॥
তে স্ম রুক্মরথে যুক্তা নরবীরসমাস্থিতাঃ। কথং নাভ্যতরংস্তাত। পাণ্ডবানামনীকিনীম্ ॥১৯॥

---

বেদশাস্ত্র তমনিংবা ব্রাহ্মণশিংনা মহাক্কী সেবা তৌখিবা, খুৎলায় থাওতা হৈনিংবা নিথৌমচাশিংনা মহাক্কী সেবা তৌদুনা, মওোন্দা থন্দুনা মহৈ তমজখিবা, দ্রোণ হায়রবদুবু অশিবা কৌবা লাইনা পুথ্রবনিকো। ॥১১॥ ঈপাক্লা কংথ্রে হায়রবগুম্বা, সুমেরু চীঙজাউনা পাইথোক্থ্রে হায়গুম্বা, সুমিৎনা নোংমদোম্বক্কগী তারকলে হায়গুম্বা, দ্রোণাচার্য্য শিবগী পাউ অসিবু তাবদা ঐ থম্মোয় অসি পুবা ওম্লক্তে ॥১২॥ য়েক্লবশিংবু মিপাইহন্বা ওম্বা, কত্রবা তম্খিববু লাক্হৎপা, অকবা সাধু মহাত্মাশিংবু শৌগৎপিবা, দ্রোণ হায়রবা নিপাদো, পুক্চেল্ পীক্লবা দুর্য্যোধনগীদমক্তা থরাই থাগে রাশক্পিথিবনিদো অদুগা— ঐগী পঙ্লবা মূর্খ ওইরবা ঈচাশিং অসিনসু পাণ্ডবশিংবু জয় তৌখিগনি হায়না আশা তৌরম্বসু দ্রোণ মহাক লৈ হায়রবতগীনি। বৃহস্পতি অমদি শুক্রাচার্য্যগা মান্ননা হৈশিংলবা দ্রোণবু হাৎথ্রবনিকো। ॥১৩-১৪॥

মচুনা ঈগুম্ ঙাংলবা, মশামউ চাউন কল্লবা,
সনাগী কীজোম লৈতেংবা, মুংশিৎকুম্ মখোঙ্ য়াঙ্লবা,
খুৎলায়গী চৈনা খাওওম্বা, মুমিৎ চুপ্প থ্রেক লাউগন্বা,
নিংথিনা তম্বিদুনা হৈথ্রবা, দ্রোণগী রথদ পাল্লবা,
সিন্ধু লম্দম্দা পোক্লবা, শগোল্শিংদুবু হায়রবা ;
লাল্কম্দা চোক্থখিব সঞ্জয় নহাক্পু তম্মুবা! ॥১৫-১৬॥

লাল্কম্দা পুংশেল্ যন্ত্রগী মখোল্ তারগা, মমীৎ চপ য়ুংখত্না, মরিল্ ফুদোক্পা, খেক্লা খেক্লা খোংওম্বা, দ্রোণগী রথচিংবা শগোল্শিং অদু, য়েক্লবশিংগী লীক্লংদগী কাপথোরক্পা তেল অমদি খুৎলায় অতৈ অতৈবু ঈরায় লাইনা খাওখিকো ? ॥১৭॥ য়েক্লববুত ওম্বা পাম্জবা, লাল্কম্দা নিংদোল্ চেল্গুম চেল্গানদবা অরাব হৈতবা মখোঙ্ য়াঙ্লবা, দ্রোণগী রথচিংবা শগোলশিং অদুবু মায়থীব কংথ্রবয়া হাৎথ্রবরনে সঞ্জয় ? ॥১৮॥ হায়য়ুনে সঞ্জয়! সনাতনা তাদুনা শারবা

জাতরূপপরিষ্কারমাস্থায় রথমুত্তমম্। ভারদ্বাজঃ কিমকরোদ্ যুধি সত্যপরাক্রমঃ ॥২০॥
বিত্তাং যস্তোপজীবন্তি সর্ব্বলোকধনুর্দ্ধরাঃ। স সত্যসন্ধো বলবান্ দ্রোণঃ কিমকরোদ্ যুধি ॥২১॥
দিবি শক্রমিব শ্রেষ্ঠং মহামাত্রং ধনুর্ভৃতাম্। কে নু তং রৌদ্রকর্ম্মাণং যুদ্ধে প্রত্যুদ্যযু রথাঃ ॥২২॥
ননু রুক্মরথং দৃষ্ট্বা প্রদ্রবন্তি স্ম পাণ্ডবাঃ। দিব্যমস্ত্রং বিকুর্ব্বাণং রণে তস্মিন্ মহাবলম্ ॥২৩॥
উতাহো সর্ব্বসৈন্যেন ধর্ম্মরাজঃ সহানুজঃ। পাঞ্চালপ্রগ্রহো দ্রোণং সর্ব্বতঃ সমবারয়ৎ ॥২৪॥
নূনমাবারয়ৎ পার্থো রথিনোঽন্যানজিহ্মগৈঃ। ততো দ্রোণং সমহনৎ পার্ষতঃ পাপকর্ম্মকৃৎ ॥২৫॥
নহ্যহং পরিপশ্যামি বধে কঞ্চন শুষ্মিণঃ ধৃষ্টদ্যুম্নাদৃতে রৌদ্রাৎ পাল্যমানাৎ কিরীটিনা ॥২৬॥
তৈর্বৃতঃ সর্ব্বতঃ শূরৈঃ পাঞ্চাল্যাপসদৈস্ততঃ। কেকয়ৈশ্চেদিকারূষৈর্মৎস্যৈরন্যৈশ্চ ভূমিপৈঃ ॥২৭॥
ব্যাকুলীকৃতমাচার্য্যং পিপীলৈরুরগং যথা। কর্ম্মণ্যসুকরে সক্তং জঘানেতি মতির্মম ॥২৮॥
(যুগ্মকম্)
যোঽধীত্য চতুরো বেদান্ সাঙ্গানখ্যানপঞ্চমান্। ব্রাহ্মণানাং প্রতিষ্ঠাসীৎ স্রোতসামিব সাগরঃ ॥২৯॥

---

দ্রোণগী রথবু চিংলিবা, দ্রোণগুম্বনা মথক্ত নেত্তূনা থৌরিবা শগোলশিং অম্বুনা, করিগীদমক্ পাণ্ডবলান্মী ঈপাকৃপু লাম্থোকৃখিদবগে ? ॥১৯॥ থাঙ্গৈশেংনা কল্লবা হৈরবা দ্রোণনা সনাগী রথ মথক্ অম্বুদা খোঙকম্ লেঙদনা লৈত্তুনা লালকম্দা, মতৌ অদুং করম্না রেক্তবশিংগা লান্থেংনখিবগে ? ॥২০॥ হৌজিক্কী মতম্দা মর্ত্ত্যলোকত লৈরিবা অয়াম্বা নিংথৌমচাশিংনা মঙোন্দা খুৎশু খুৎলায়গী বিদ্যা তম্জখিত্তুনা, মাহুনা মখোয়না জীবিকা অমদি মিংচৎ কাংজরিবা, অক্নবনি হায়না শাওজরিবা, অত্তুম্ ওইবা রাশকৃচেৎলবা, কল্লবা দ্রোণাচার্য্য হায়রবত্তুনা লালকম্দা করি করি অকনবা থবক্ ত্তৌরম্বগে ? ॥২১॥ স্বর্গ লোকত হায়রগা ইন্দ্রগী মতৌগুম্বা, মর্ত্ত্যলোকতনা, লীরুংপায়রবশী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবা লান্দা অকিবগী থবক্ত ত্তৌগম্বা দ্রোণগী মকম্দা পাণ্ডবপক্ষশী অকনবা রথী কনা কনান চেলশিল্লম্বগে ? ॥২২॥ সনাতনা পুম্নৈ ওইনা শারবা রথ মথক্তা ত্তোংবা, লাইগী খুৎলায় লোইনা হৈরবা দ্রোণবু উরগা পাণ্ডবশিংনা মায়কৈ কাংনা চেন্খিবরা ? ॥২৩॥ নত্রে হায়রগা যুধিষ্ঠির অমদি মনাওশিংনা লাম্মীগা লোয়ননা চেল্শিল্লক্তুনা দ্রোণবু কোয়শিন্খিবরা ? ॥২৪॥ তৌববুদি, অর্জ্জুননা কৌরবপক্ষগী অকন্বা লাম্মীশিংবু শোয়দনা খিংলিনি। অত্তগুম্বা তাঞ্জাদা পাপকী থবক্ তৌরবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা দ্রোণবু হাৎখিবা ওইরম্গনি ॥২৫॥

অর্জ্জুননা ঙাক্শেন্দুনা লৈবা ধৃষ্টদ্যুম্ন নত্তনদি কনানসু দ্রোণবু হাৎপা ঙম্মোই ॥২৬॥ ক্ষত্রবা, পূকচেল্ল পীক্লব পাঞ্চাললাম্মীশিং, কেকয়শিং, চেদিদেশগী অকন্বা লাম্মীশিং, কারূষশিং মৎস্যদেশগী অকনবশিং অমুগা অতোপ অতোপ্পা নিংথৌশিংনা পুম্নকোয় কোয়না ঙাকশেল্লবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা—পীক্লপীক্লবা ককচেংশিংনা অরাবা পীরবা লিগ্ধাওগী মতৌগুম্নবা কল্লবা দ্রোণাচার্য্যবু হাৎখিমাল্লে হায়না ঐনা থল্লি ॥২৭-২৮॥ তুরেল মরামগী আশ্রয় সমুদ্রনা ওইবা অঙ্গগুম্না, শিক্ষা, কল্প নিরুক্তনাচিংবা অঙ্গ তরুক্তা লোয়নবা বেদ মরিবু হৈদুনা ব্রাহ্মণখিবিক্কী জ্ঞানগী

ক্ষাত্রঞ্চ ব্রহ্ম চৈবেহ যোঽভ্যতিষ্ঠৎ পরন্তপঃ। স কথং ব্রাহ্মণো বৃদ্ধঃ শস্ত্রেণ বধমাপ্তবান্ ।৩০।

(যুগ্মকম্)

অমর্ষণো মর্ষিতবান্ ক্লিশ্যমানঃ সদা ময়া। অনর্হমাণঃ কৌন্তেয়ান্ কর্ম্মণস্তস্য তৎফলম্ ।৩১।

যস্য কর্ম্মানুজীবন্তি লোকে সর্ব্বধনুর্ভৃতঃ। স সত্যসন্ধঃ সুকৃতী শ্রীকামৈর্নিহতঃ কথম্ ।৩২।

দিবি শক্র ইব শ্রেষ্ঠো মহাসত্ত্বো মহাবলঃ। স কথং নিহতঃ পার্থৈঃ ক্ষুদ্রমৎস্যৈর্যথা তিমিঃ ।৩৩।

ক্ষিপ্রহস্তশ্চ বলবান্ দৃঢ়ধন্বারিমর্দ্দনঃ ন যস্য বিজয়াকাঙ্ক্ষী বিষয়ং প্রাপ্য জীবতি ।৩৪।

যং দ্বৌ ন জহতঃ শব্দৌ জীবমানং কদাচন। ব্রাহ্মশ্চ বেদকামানাং জ্যাঘোষশ্চ ধনুষ্মতাম্ ।৩৫।

অদীনং পুরুষব্যাঘ্রং হ্রীমন্তমপরাজিতম্। নাহং মৃষ্যে হতং দ্রোণং সিংহদ্বিরদবিক্রমম্ ।৩৬।

(বিশেষকম্)

কথং সঞ্জয়! দুর্দ্ধর্ষমনাধৃষ্যযশোবলম্। পশ্যতাং পুরুষেন্দ্রাণাং সমরে পার্ষতোঽবধীৎ ।৩৭।

কে পুরস্তাদযুধ্যন্ত রক্ষন্তো দ্রোণমন্তিকাৎ। কে নু পশ্চাদবর্ত্তন্ত গচ্ছন্তো দুর্গমাং গতিম্ ।৩৮।

---

আশ্রয় ওইগ্রবা, ব্রাহ্মণক্ষত্রিয়গী ধর্ম্ম অনিমক্কী আশ্রয় ওইগ্রবা অদুগুম্বা, অহল ওইরবা কল্লবা, ব্রাহ্মণ দ্রোণনা মতোকরম্না খুৎলাইগী মচান্দা নোংগাগ্রবা! ॥২৯-৩০॥ অরাবা খুদোংথিবা কংবদা মতিক চাদ্রবা ওইদুনসু ঐগী সঞ্জয়গী অম্নাবা কংগ্রবা, পাণ্ডবশিংবু করিসু ওইদনা উরম্বা দ্রোণগী মহৈ মপাঙ্গলগী মহৈদি পোলোইদি অসিম্না? ॥৩১॥ জগত্ত লৈবা লীরুং পায়বা অকনবা অয়াম্বনা মহাক্না তৌবা বিত্তাদানবু কংজদুনা মমিং চৎপা, অকন্‌বা ওইজখিবা-ওইজখিবা, অদুগুম্বা মিংচৎ চাউরবা দ্রোণবু মরৈপাক্ পাম্বা লোভীশিংনা হাৎগ্রে! ॥৩২॥

লাইরৈবাক্ত সুরালেন্‌গুম্বা, মীরম্‌লেন্দা খ্বাইদগী কন্‌বা,
অঈন্ কন্‌বা খাঙহৈবা, দ্রোণ কৌবা মহাকপু
ঈপাক্ত লৈবা তিমি ঙানু, ঙা মচামচানা হাৎখিবগুম্
পীক্লবা পাণ্ডব লাম্মীশিংনা, দ্রোণমাবু হাৎগ্রবা! ॥৩৩॥

লীরুংবু খুত্থম্‌চেৎনা পায়ণ্ডম্বা, মখুৎ থুবদা মপালৈতবা, য়েক্লব ঙমগন্‌বা, মহাক্‌পু ঙম্‌গে খন্‌জবশিংনা, মহাক্কী খুৎলায়না পান্‌বদা মীকুপ্ অমদা মথরাই থারিবা, বেদগী গান-খোঞ্জেলগা, লীরীখীংবগী খোঞ্জেলগা,—খোঞ্জেল্ অনীনা মতম পুম্বদা মাগী মনাক্ত লৈখিবা, রাবহৈতবা, নিপা অথোইবা, ঈকায়বা খঙবা, কনানসু মায়থিবা পীঙমদবা, শামু-নোংশাগী মতৌগুম কন্‌বা, মতিক্ চাউবা, মরিনলৈবা দ্রোণনা নোংগাগ্রে হায়বসি তাবদা সঞ্জয়! ঐ থম্মোয় পুবা ঙম্‌দ্রে ॥৩৪-৩৬॥ সঞ্জয়! কর্ণনচিংবা অকনবশিংমক্লসু, জয়তৌবা-লাকচবা ঙমদবা, অমনা মায়োক্ যাব ঙমদবা, মিংচৎ চাউরবা দ্রোণাচার্য্যবু মতোকরম্না ধৃষ্টদ্যুম্ননা হাৎখিবগে? ॥৩৭॥ করে, অদুমঙায়রে, সঞ্জয়! দ্রোণবু হাৎখিবা মুমিৎ অদুদা, দ্রোণবু কন্‌গে হায়দুনা, দ্রোণগী

কেঽরক্ষন দক্ষিণং চক্রং সব্যং কে চ মহাত্মনঃ। পুরস্তাৎ কে চ বীরস্য যুধ্যমানস্য সংযুগে ॥৩৯॥
কে চ তত্র তনুস্ত্যক্ত্বা প্রতীপং মৃত্যুমাব্রজন্। দ্রোণস্য সমরে বীরাঃ কেঽকুর্ব্বন্ত পরাং ধৃতিম্ ॥৪০॥
কচ্চিন্নৈনং ভয়ান্মন্দাঃ ক্ষত্রিয়া ব্যজহন্ রণে। রক্ষিতারস্ততঃ শূন্যে কচ্চিন্নৈকো হতঃ পরৈঃ ॥৪১॥
এতদার্য্যেণ কর্ত্তব্যং কৃচ্ছ্রাস্বাপৎসু সঞ্জয়!। পরাক্রমেদ্‌যথাশক্ত্যা তচ্চ তস্মিন্ প্রতিষ্ঠিতম্ ॥৪২॥
মুহ্যতে মে মনস্তাত! কথা তাবন্নিবর্ত্ততাম্। ভূয়স্তু লব্ধসংজ্ঞস্ত্বাং পরিপ্রক্ষ্যামি সঞ্জয়! ॥৪৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
দ্রোণাভিষেকে ধৃতরাষ্ট্রানুতাপে সপ্তমোঽধ্যায়ঃ ॥৭॥ *

---

মনাক্ত লৈদুনা পাণ্ডবশিংগা থেংনখিবা কৌরবকী অকনবশিংনা কনাকনানো? অরাব খুদোংথিবা তারকাওবদা, দ্রোণবু থাদোক্তনা মাগী মতুংদা ইন্নখিবা লৈখিবশিংনা কনাকনানো? ॥৩৮॥ পুকচেল্ চাউরবা, কল্লবা দ্রোণনা, লাল্ শোক্লরকপা মতমমতুদা, বেহুগী য়েস্তা ওয়দা মাণ্ডদা কনাকনা লৈখিবা? কনাকনানা দ্রোণগী মাঙ হান্না চংখি? ॥৩৯॥

অদুগা কনা কনানা থরাই হকচাংবু পাস্মুদনা নীঙহন্নদবা লালকম্‌দা মথ্‌াই থাখিবগে? করম কয়স্বা অক্‌নবশিংনা মতীক মগুণ মথোনা উত্তুনা, দ্রোণগী মপূক্লীং থোগংখিবগে? ॥৪০॥ দ্রোণবু ভাক্‌শেন্‌বা মখোয়দুগী মনুংদা অপঙ্‌বা, তৌবিমল্ খঙ্‌দবা লাম্মী কনা কনানা, দ্রোণবু থাদোক্কে খন্‌খিবগে? অসিগুম্বা মীতাশিংসি নত্তনদি দ্রোণবু কনানস্থ থাদোকখিদেদনকো? ভাকপি শেন্‌বিনবা কনাস্থ কনাস্থ লৈত্রিভৈদা মহাক্‌পু য়েক্লবনা হাংখিবদি নস্তেনকো? ॥৪১॥ সঞ্জয়! অরাবা খুদোং থীরবা মতম্ য়োরকাওবদা অরৈব পাঙ্গল থৌনা উত্তুনা মথৌ তৌরম্বা হায়বসি সজ্জন ওইবশিংগী মথৌনি! অত্তগুম্বা মথৌ তৌবগী রাখল্ অদো, দ্রোণদস্থ মপুং ফানা লৌখবনি ॥৪২॥ সঞ্জয়! নংগা ঐগা ভাঙ্‌নবসি লেপ্‌খিসি, ঐ জ্ঞান তাদে, থোপ্ অসি কোয়রৈ লৈত্রে। জ্ঞান তারক্‌লবা মতম্‌দা ঐ অমুক্ নঙোন্দা হংগে ॥৪৩॥

মকম্ অসিদা, শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, দ্রোণ পর্ব্বদা, দ্রোণাভিষেককী মনুংদা ধৃতরাষ্ট্রানুতাপগী তরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে। *

# শ্রীমহাভারতম্

## অষ্টমোঽধ্যায়ঃ

নিপালশুবা অধ্যায়

( ধৃতরাষ্ট্রনা ভাঙ্‌বগী মতাং )

—(ঃ০ঃ)—

### বৈশম্পায়ন উবাচ।

এবং পৃষ্ট্বা সূতপুত্রং হৃচ্ছোকেনার্দ্দিতো ভৃশম্। জয়ে নিরাশঃ পুত্রাণাং ধৃতরাষ্ট্রোঽপতৎ ক্ষিতৌ ॥১॥
তং বিসংজ্ঞং নিপতিতং সিষিচুঃ পরিচারিকাঃ। জলেনাত্যর্থশীতেন বীজন্ত্যঃ পুণ্যগন্ধিনা ॥২॥
পতিতং চৈনমালোক্য সমন্তাদ্ভরতস্ত্রিয়ঃ। পরিবব্রুর্মহারাজমস্পৃশংশ্চৈব পাণিভিঃ ॥৩॥
উত্থাপ্য চৈনং শনকৈ রাজানং পৃথিবীতলাৎ। আসনং প্রাপয়ামাসুর্বাষ্পকণ্ঠ্যো বরাঙ্গনাঃ ॥৪॥
আসনং প্রাপ্য রাজা তু মূর্চ্ছয়াভিপরিপ্লুতঃ। নিশ্চেষ্টোঽতিষ্ঠত তদা বীজ্যমানঃ সমন্ততঃ ॥৫॥
স লব্ধ্বা শনকৈঃ সংজ্ঞাং বেপমানো মহীপতিঃ। পুনর্গাবল্গনিং সূতং পর্য্যপৃচ্ছদ্‌যথাতথম্ ॥৬॥

### ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

যঃ স উদ্যন্নিবাদিত্যো জ্যোতিষা প্রণুদংস্তমঃ। অজাতশত্রুমায়ান্তং কস্তং দ্রোণাদবারয়ৎ ॥৭॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ—রারী তাম্বিবা ধৃতরাষ্ট্র অসি, সঞ্জয়গী মচীন্দগী, মচাশিংনা জয় ওইগনি হায়না তৌরম্বা আশাবু কায়হন্‌বা, দ্রোণ হাৎখিবগী পাউ অদু তাবদা, জ্ঞান তাদনা রাম্থখিদুনা, লৈমায়থক্তা তাথ্রে ॥১॥ নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা জ্ঞান য়াওদনা রাম্বপ্রবদুদা মীনায় মীশল্, নুপী নহাশিংনা কাঙহায় চামর পায়রুনা নিংথৌগী থৌগল্ তৌখি, লায়কম্রখি। মনম্ নুংশিরবা, ঈঙলবা ঈশিংনা কোক্ত য়ৈ, খীকই ॥২॥ মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রনা তুদুনা লৈবদু উবদা, নীঙথিজরবী, অন্তঃপুরগী নুপীশিং অদুনা চেন্‌শিল্লক্কৃনা অকোয়বদা লেপ্তূনা, থোৎলবা মখুৎশিং অদুনা ধৃতরাষ্ট্রগী হকচাংদা তপ্পা তপ্পা নান্‌খি ॥৩॥ অরাব নুংঙাইতবনা, খৌরি ফূন্‌থ্রবা, পিনা জ্রো-জ্রো শিন্থরবা রা ভাঙ্‌বা তশেংনা খোক্‌ত্রবা, নিংথৌদুবু মখোয় ময়াম্না তপ্প তপ্প কোন্‌খত্তুনা আসন থক্ত কম্‌হল্লি ॥৪॥ মূর্চ্ছা কংলবা নিংথৌ অদু আসনথক্তা কম্লকাওবদা জ্ঞান তাথ্রি। মতম্ অদুদা মী পুম্নমক্না মায়কৈ মরিদা লেপ্তূনা হুমাই হুম্‌লক্‌লি ॥৫॥ অদুগী তুংদা ঙহাক্ লৈরগা ধৃতরাষ্ট্র অসি জ্ঞান খর-খর তারক্‌পগুম্ তৌই। অদুদগী তপ্পা তপ্পা রাহৈ মচেৎ মচেৎনা সঞ্জয়দা হংলক্‌ই ॥৬॥ ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! হায়ুনে, নহাক্‌পু! থোরক্‌পা নুমিৎনা অমম্বা পুম্বা কোক্‌হন্‌বগুম্, মমাঙৈদা—মহাক্না অকন্‌বা য়েক্লব কয়াবু জয়তৌখিবা, অদুগ শামু অমোম্‌গা

প্রভিন্নমিব মাতঙ্গং তথা ক্রুদ্ধং তরস্বিনম্। প্রসন্নবদনং দৃষ্ট্বা প্রতিবিরদগামিনম্ ॥৮॥
বাসিতাসঙ্গমে যদ্বদযথ্যাঃ প্রতিযূথপৈঃ। নিজঘান রণে বীরান্ বীরঃ পুরুষসত্তমঃ ॥৯॥
( বিশেষকম্ )
যো হ্যেকো হি মহাবাহুর্নির্দহেদ্ঘোরচক্ষুষা। কৃৎস্নং দুর্য্যোধনবলং ধৃতিমান্ সত্যসঙ্গরঃ ॥১০॥
চক্ষুর্হণং জয়ে সক্তমিষ্বাসধরমচ্যুতম্। দান্তং বহুমতং লোকে কে শূরাস্তমবারয়ন্ ॥১১॥
( যুগ্মকম্ )
কে দুষ্প্রধর্ষং রাজানমিষ্বাসধরমচ্যুতম্। সমাসেদুর্নরব্যাঘ্রাং কৌন্তেয়ং তত্র মামকাঃ ॥১২॥
তরসৈবাভিপত্যাথ যো বৈ দ্রোণমুপাদ্রবৎ। তং ভীমসেনমায়ান্তং কে শূরাঃ পর্য্যবারয়ন্ ॥১৩॥
যদায়াজ্জলদপ্রখ্যো রথঃ পরমবীর্য্যবান্। পর্জন্য ইব বীভৎসুস্তমুলামশনীমিব ॥১৪॥

---

মুংঙাইমিন্নরিবা, মচুম্ তারবা, মন্নান্নকারবা শামু অহুনা, অতোপ্পা মাগী যেক্কবা অচৌবা শামু অমনা চঙশিল্লকপদা অকিবা লৈতবা মাঙোন্দা হোচ্চিল্লকপা থিংবা অহুওমা দ্রোণ তম্মা চঙশিল্লকপা অহুওবা যুধিষ্ঠিরবু উবদা, ঐগী ঐচাশিংগী পক্কদগী করম্ করম্বা মীশক্না চোংথোরক্ত্না দ্রোণগী মাঙদা, মহাক্পু থিংহুনা থম্খিবগে ? ॥৭—৯॥

তপথরবা, অচুম্বদা রাশক্চেৎপা,
মহাকী অশাউবা মিৎয়েং অমত্তদা,
দুর্য্যোধনগী লান্মী পুম্বা তুমগদবা,
মীয়েংতনা য়েক্কববু মাঙহনবা ঙম্বা,
জয়গ ওইগন্বা অকন্বা-লান্নবা,
ধর্ম্মগী লীক্লম্দগী খুবৈ'মহেন্দবা
লোকসমাজনা থোইন ঊকায়খুম্নবা,
ইন্দ্রিয়বু খুম্নম্ চনবা, শাউদবা,
অকন্বা যুধিষ্ঠির কৌবা মানা,
দ্রোণ তম্ম চঙশিল্লক্পা মতম্দা,
কনাকনানা মহাক্পু থিংখিবা ? ॥১০-১১॥

লাক্ওম্ ফাঙম্দ্রবা, রাশক্চেৎপা, অরাব খাঙহৈবা, তৌখিবা ব্রততপস্যাগী লাক্লম্দগী খুবৈনাম নাম্থোক্তবা, নিপা অথোইবা অকন্বা যুধিষ্ঠিরগী মনাক্ত ঐগী লান্মী তেঙ্গোল্গী করম্ করম্বা অকনবা লান্মীশিংনা চঙ্শিল্লম্বগে ? ॥১২॥ যুধিষ্ঠিরনা চঙশিনখিবদা, ভীমসেনস্থ হোচিল্লক্লবদা কল্লবা ভীমদুগীনাক্ত মাবু থিংগে হায়রুনা কনাকনা চেন্শিনখিবগে সঞ্জয়! ॥১৩॥

ঔশিংনা চোল্লবা নোংওম্ শাংবানবা,
রথী অথোইবা মপালৈতনা কল্লবা,

বিসৃজন্ শরজালানি বর্ষাণি মঘবানিব । অবস্ফূর্জন্ দিশঃ সর্বাস্তলনেমিস্বনেন চ ॥১৫॥
চাপবিদ্যুৎপ্রভো ঘোরো রথগুল্মবলাহকঃ । সনেমিঘোষস্তনিতঃ শরশব্দাতিবন্ধুরঃ ॥১৬॥
রোষানিলসমুদ্ধূতো মনোঽভিপ্রায়শীঘ্রগাঃ । মর্ম্মাতিগে বাণধরস্তুমুলঃ শোণিতোদকঃ ॥১৭॥
সংপ্লাবয়ন্ দিশঃ সর্ব্বা মানবৈরাস্তরন্ মহীম্ । ভীমনিস্বনিতো রৌদ্রো দুর্য্যোধনপুরোগমান্ ॥১৮॥

---

লান্দাক্লবা মকম্‌দা জয় ওইনা লাকন্‌বা,
য়েংবদা নীঙ্‌থিবা লান্দাদ অকিব কংবা,
অর্জ্জুন কৌবা গাণ্ডীব পায়বা
নোংনা চুথরক্‌পগুম ভেলবু কাপ্‌ভম্বা
ইন্দ্রনা বজ্র থাদরক্‌পগুম্ ভেল্ কাপ্‌ভম্বা
লীরী খীংবগী মখোম্ন রথ চৎপগী মখোম্না
মায়কৈপুম্বা পুমনিন্ নিলহন্‌বা
মপা লৈতবা অর্জ্জুন মহাক্না
থৌরবা ভেলগী মপৈ মপৈনা
দুর্য্যোধননচিংবা ঈচাশিংগী মথক্তা
নোংচুবগুম্ হৈথরক্লবা মতম্‌দা
নখোয়গী থম্মোয়দ করি পোক্‌খি ?
হায়যু সঞ্জয় ! করম্ তৌখি ।
লোয়নবা রথীশিংগী নোংলক্তা
গাণ্ডীবনা নোংথাংগুম্ কুপহন্দুনা
রথচাকাগী মখোম্না নোংগী মখোল ওইহন্‌বা
অশাউবগী নুংশিৎনা শীৎহল্লক্‌পা
পুক্নীংগী মতৌগুম য়াংলবা রথদা
ভোংদুনা লাল্লক্তা থৌজিল্লক্‌পা
অর্জ্জুন মাবু উবদা য়েক্লবপুম্বগী, থম্মোয়দা
অকিবা মিপাইবা পোক্‌হন্‌বা
'অদুগুম্বা অকন্‌বা মহারথী অর্জ্জুনন।
ঈগী ঈখোংনা লালফম্‌বু থ্‌মহল্লক্লবদা
ঈরক্তা অশিব হক্‌চাং মপৈ মপৈনা
তাউথরকলবা মতম্‌দুদা

যুদ্ধেঽভ্যধিকবিজয়ো গার্ধ্রপত্রৈঃ শিলাশিতৈঃ। গাণ্ডীবং ধারয়ন্ ধীমান্ কীদৃশং যো মনস্তদা ॥১৯॥
( কুলকম্ )

ইষুসংবাধমাকাশং কুর্বন্ কপিবরধ্বজঃ। যদায়াৎ কথমাসীত্তু তদা পার্থং সমীক্ষতাম্ ॥২০॥

কচ্চিদগাণ্ডীবশব্দেন ন প্রাণশ্যত তদ্বলম্। যুদ্ধং সুভৈরবং কুর্বন্নর্জুনো ভূশমব্রয়াৎ ॥২১॥

কচ্চিন্নাপানুদৎ প্রাণানিষুভির্বো ধনঞ্জয়ঃ। বতো বেগাদিবাবিধ্যন্ মেঘান্ শরগণৈর্নৃপান্ ॥২২॥

কো হি গাণ্ডীবধন্বানং রণে সোঢ়ুং নরোঽর্হতি। যদুপক্রুত্য সেনাগ্রে জনঃ সর্বো বিদীর্যতে ॥২৩॥

যৎ সেনাঃ সমকম্পন্ত যদ্বীরানস্পৃশদ্ভয়ম্। কো তত্র নাজহদ্দ্রোণং কে ক্ষুদ্রাঃ প্রাদ্রবন্ ভয়াৎ ॥২৪॥

কে বা তত্র তনুস্ত্যক্ত্বা প্রতীপং মৃত্যুমাব্রজন্। অমানুষাণাং জেতারং যুদ্ধেষপি ধনঞ্জয়ম্ ॥২৫॥

ন চ বেগং সিতাশ্বস্য সংসহিষ্যন্তি মামকাঃ। গাণ্ডীবস্য চ নির্ঘোষং প্রাবৃড্জলদনিস্বনম্ ॥২৬॥

বিষ্বক্সেনো যস্য যন্তা যস্য যোদ্ধা ধনঞ্জয়ঃ। অশক্যঃ সমরে জেতুং মন্যে দেবসুরৈরপি ॥২৭॥

---

কনা কনানা মমাঙদা লেপ্খিবগে ?
অকিবা কংনা সিংহনাদবু
হন্ন হন্ন লাউরকপা মতমদা
হায়য় সঞ্জয় ! মখোয় কমদৌখি ? ॥১৪-১৯॥

সঞ্জয় ! অর্জ্জুননা মাগী মশিং লাক্ঙমল্লবা তেল্গী মপৈনা নোংমদোন্ কুপশিন্হন্থবদা কৌরব লান্মীশিং অমদি নখোয় পুম্বগী নপুক্নীংহু কম্দৌখি ! ॥২০॥ সঞ্জয় ! অর্জ্জুননা য়ায়া শাথিনা অকিবকংনা মঙ্গল তৌরকপ মতম্দা অত্থগা কৌরব লান্মীশিংগী তুংদা তান্নরক্লনা, গাণ্ডীবগী মখোলগা সিংহনাদ লাউরকপা মতম্ অত্থদা, ঐখোয়গী কৌরবলান্মীশিং অমদি ঈচাশিংদি লোইনা নীঙতম্নত্থনা মশক্উদমখৈ চেম্থোক্নখিদেদনকো ? ॥২১॥

চাউরবা মুংশিৎ নোংলৈনা নোং মতুম্ মতুম্শিংবু পাইথোক্হন্খিবগুম্ অর্জ্জুনগী তেন্না কন্ন কন্নবা নিংথৌ লান্মীশিংবু তান্খাইরকপা মতম্দা মখোয়গী থরাইত্থুম্ হক্চাংদগী তান্থোক্খিদেনকো ॥২২॥ করম্বা অকন্বনবু অর্জ্জুনগী মমাঙদা লেপ্পুনা লৈগদগে ? অর্জ্জুন লাক্লে হায়ব তাবতদা লান্মী তেঙ্গোল্ মপৈ অম চেন্নরিবনি। ॥২৩॥ অম্মুম্না লান্মী পুম্বনা থক্ থক্ নীক্লবা, মতম্দা অকন্বশিংগী থম্মোয়দা অকিবা মিপাইবা পোক্নরক্লবা মতম্দ, কনা কনানা দ্রোণবু থাদোক্তনা ঙাকশেন্দুনা লৈখিবগে ? পুক্চেল্ পীক্পা কনা কনানা চেন্নখিবগে ? ॥২৪॥ অকন্বা কনা কনানা লান্দা থরাই থাবা পান্মুদনা, অর্জ্জুনগী মাঙদা চেন্শিন্দুনা লাইহিংচাবা পুম্বা ওন্নবা অর্জ্জুনগী মশক্ লৌরবা অশিবগী থয়াত্তা চোংশিন্খিবগে ? ॥২৫॥ ঐগী পক্ষগী অকন্বা কনাম্ম অর্জ্জুনগী বর্ষাগী নোংগী মরীগুম্ মশীং লাক্ঙমল্লবা তেলগী মমাঙদা, নোংখোংবগী মতৌগুম্ ঙংলবা গাণ্ডীবগী মমাঙদা লেপ্পা, ঙম্মিরোই ॥২৬॥

বাসুদেব কৃষ্ণনা সারথি ওইব রথদো
মহারথী অর্জ্জুননা রথী ওইবা রথদো

সুকুমারো যুবা শূরো দর্শনীয়শ্চ পাণ্ডবঃ। মেধাবী নিপুণো ধীমান্ যুধি সত্যপ্ররাক্রমঃ ॥২৮॥
আয়াবং বিপুলং কুর্ব্বন্ ব্যথয়ন্ সর্ব্বসৈনিকান্। যদায়ান্নকুলো দ্রোণং কে শূরাস্তমবারয়ন্ ॥২৯॥
(যুগ্মকম্)

আশীবিষ ইব ক্রুদ্ধঃ সহদেবো যদাভ্যয়াৎ। শত্রূণাং কদনং কুর্ব্বন্ রণে জেতা সুদুর্জয়ঃ ॥৩০॥
আর্য্যাব্রতমমোঘেষুং হ্রীমন্তমপরাজিতম্। সহদেবং তমায়ান্তং কে শূরাঃ পর্য্যবারয়ন্ ॥৩১॥
(যুগ্মকম্)

যস্তু সৌবীররাজস্য প্রমথ্য মহতীং চমূম্। আদত্ত মহিষীং ভোজ্যাং কাম্যাং সর্ব্বাঙ্গশোভনাম্ ॥৩২॥
সত্যং ধৃতিশ্চ শৌর্য্যঞ্চ ব্রহ্মচর্য্যঞ্চ কেবলম্। সর্ব্বাণি যুযুধানেঽস্মিন্ নিত্যানি পুরুষর্ষভে ॥৩৩॥
(যুগ্মকম্)

বলিনং সত্যকর্ম্মাণমদীনমপরাজিতম্। বাসুদেবসমং যুদ্ধে বাসুদেবাদনন্তরম্ ॥৩৪॥

---

স্বর্গদা লৈবা লাইয়াম্বরা
মরোল্ অহুম্গী হিংচাবশিংনা
মাঙহন্‌বা থুগাইবা ওমদেদা ॥২৭॥
থোৎনা নোন পাঙন্‌বা, লান্দা হৈবা অশিংবা।
মায়া য়াওদনা মশানা কল্লবা, মশক্ থোইনা কল্লবা।
নকুল কৌব পাণ্ডবনা, সিংহনাদ কয় লাউহুনা,
কৌরব লান্মী পুম্বব্, নৈখাইরক্পা মতম্দা,
ঐগী কৌরবপক্কদগী, কনানা মাবু থিংখিবা ? ॥২৮—২৯॥
লাল্কম্ খুদিংদ মায় পাকন্‌বা,
পান্দম্দা শোয়দবা থোইনা মখুৎ চুম্বা
শাস্ত্রহৈবা হৌনব খঙ্‌বা ঈকায়—খঙবা অকন্‌বা
সহদেব কৌবা মহাক্না, মহু পুরবা শাউরবা লিল্‌ওম্
কৌরবলান্মী মায়কৈদা, চেন্‌শিল্লক্প মতম্দা
ঐগী কৌরব পক্কদগী, কনানা মাবু থিংখিবা ॥৩০—৩১॥

সৌবীর নিংথৌগী লৈপাক্তা, লান্মীতেঙ্গোল মপৈ অমবু, নৈহত্তুনা থোইদোক্না নীংখিজরবী, অরাৎপ লৈতনা কল্লবী, খ্বাইনা মিহৌনবগী মশক্ ওইরবী ভোজরাজকন্যাবু, মশামকী লোয়নবী ওইহন্‌খিবা, নিপা অথোইবা সাত্যকি হায়বদো মতোন্দা রাশক্‌চেৎপা, তপ্‌থবা অকনবা, ব্রহ্মচারীওইবা—অসিনচিংবা গুণশিং অসি লেঙ্‌দনা লৈবনি ॥৩২-৩৩॥ থোইনা কল্লবা, অচুম্বা থবক্ত তৌওম্বা, রাবহৈতবা, অমনা অমুক্ত ওমখিদ্রবা, লান্দদি কৃষ্ণমক্তা অম্বাওইরবা, অর্জ্জুনদা

ধনঞ্জয়োপদেশেন শ্রেষ্ঠমিষ্বস্ত্রকর্ম্মণি । পার্থেন সমমস্ত্রেষু কস্তং দ্রোণাদবারয়ৎ ॥৩৬॥
বৃষ্ণীনাং প্রবরং বীরং শূরং সর্ব্বধনুষ্মতাম্ । রামেণ সমমস্ত্রেষু যশসা বিক্রমেণ চ ॥৩৭॥
( বিশেষকম্ )

সত্যং ধৃতির্মতিঃ শৌর্য্যং ব্রাহ্মঞ্চাস্ত্রমনুত্তমম্ । সাত্বতে তানি সর্ব্বাণি ত্রৈলোক্যমিব কেশবে ॥৩৭॥
তমেবং গুণসম্পন্নং দুর্ব্বারমপি দৈবতৈঃ । সমাসাদ্য মহেষ্বাসং কে শূরাঃ পর্য্যবারয়ন্ ॥৩৮॥
পাঞ্চালেষূত্তমং বীরমুত্তমাভিজনপ্রিয়ম্ । নিত্যমুত্তমকর্ম্মাণমুত্তমৌজসমাহবে ॥৩৯॥
যুক্তং ধনঞ্জয়হিতে মমানর্থায়মুত্থিতম্ যমবৈশ্রবণাদিত্যঃ মহেন্দ্রবরুণোপমম্ ॥৪০॥
মহারথং সমাখ্যাতং দ্রোণায়োদ্যতমাহবে । ত্যজন্তং তুমুলে প্রাণান্ কে শূরাঃ সমবারয়ন্ ॥৪১॥
( বিশেষকম্ )

একোপসৃত্য চেদিভ্যঃ পাণ্ডবান্ যঃ সমাশ্রিতঃ । ধৃষ্টকেতুং সমায়ান্তং দ্রোণং কস্তং ন্যবারয়ৎ ॥৪২॥
যোঽবধীৎ কেতুমান্ বীরো রাজপুত্রং দুরাসদম্ । অপরান্তগিরিদ্বারে দ্রোণাৎ কস্তং ন্যবারয়ৎ ॥৪৩॥

---

তম্‌হনা লোইনা হৈত্রবা, থুৎলায় পায়বগী অথোইবা, অর্জ্জুনমক মান্নবা, বৃষ্ণিবংশদা খ্বাইদগী কন্নবা, লীরুংতেল্ থাঙ্‌তা পায়বশিংগী মপুংদস্তু অথোইবা, মহৈদা থৌনাদা পরশুরামমক মান্নবা সাত্যকি হায়বতুন, দ্রোণ তম্না চেল্‌শিন্নকপদা কৌরবপক্ষদগী কনাকনানা থিংখিবগে ? ॥৩৪-৩৫॥ ভগবান্ নারায়ণগী মথক্তা মরোল অহুম্না নম্নুনা লৈবা অহুগুম্না, সাত্যকিগী মথক্তা অচুম্বা, তপথবা, থৌনা, ব্রহ্মাস্ত্র — অসিপুম্নমকসে লেঙ্‌দনা নম্নুনা লৈরিবনি ॥৩৭॥ অহুগুম্বা গুণ পুম্নমক্ অহুনা তিন্নবা, লাইশিংমক্না লাকৃত্তম্‌কাঙমুত্তবা, সাত্যকি হায়বতুনা চঙ্‌শিন্নরূবদা ঐগী পক্ষকী করম্‌করম্ব অকনবশিংনা মহাকপু থিংখিবগে ? ॥৩৮॥

পঞ্চালদেশগী অকন্‌বা, মক্ত্‌বমিংচৎনা লৈত্তেংবা,
ধর্ম্মগী লান্দা হৈশিংবা, অর্জ্জুনবু থোইন নুংশিবা,
ঐগীমাঙ্‌ননবত হোৎনবা, যমকুবের ইন্দ্রগ মান্নবা,
সূর্য্যবরুণগুম্ তেজ লৈবা, মহারথীনি হায়ন মিং চৎপা
লান্দ মথ্বাই পান্মুবা লৈতবা, উত্তমৌজা কৌবা অকন্‌বা
মহাক্না দ্রোণদা চংলকপদা, কনাকনানা মাবু থিংখিবগে ? ॥৩৯-৪১॥

মশা মথন্তনা চেদি লৈপাকৃতায় চত্তুনা, পাণ্ডবশিংগী আশ্রয় ওইখিবা, অঙ্গুগুম্বা অকন্‌বা ধৃষ্টকেতুনা, দ্রোণ তম্না ফূজিন্নকপদা, অকন্‌বা কনা কনানা মহাকপু থিংখিবগে ? ॥৪২॥ হিমালয় চীঙখোংদা তাব দেশদা লৈব, লাকৃত্তম্ কাঙমুত্তবা নিংথৌ মচাহুবু হাত্তূনা, লৈপাক্তূবু খুদক্ত লোইচন্‌খিবা কেতুমান কৌব অকন্‌বতুনা, দ্রোণ তম্না চঙ্‌শিন্নকপা, মতম্‌দা, কনাকনানা মাবু থিংখিবগে ? ॥৪৩॥

ধন্বিন্যত্যধিকা বীর্য্যো গুণাঃ সর্ব্বে ধনঞ্জয়াৎ। ধন্বিন্যস্ত্রাণি সত্যঞ্চ ব্রহ্মচর্য্যঞ্চ সর্ব্বদা ॥৪৪॥
বাসুদেবসমং বীর্য্যে ধনঞ্জয়সমং বলে। তেজসাদিত্যসদৃশং বৃহস্পতিসমং মতৌ ॥৪৫॥
অভিমন্যুং মহাত্মানং ব্যাত্তাননমিবান্তকম্। দ্রোণায়াভিমুখং যান্তং কে শুরাঃ সমবারয়ন্ ॥৪৬॥
( বিশেষকম্ )

তরুণস্তরুণপ্রজ্ঞঃ সৌভদ্রঃ পরবীরহা। যদাভ্যধাবদ্বৈ দ্রোণং তদাসীদ্বো মনঃ কথম্ ॥৪৭॥
দ্রৌপদেয়া নরব্যাঘ্রাঃ সমুদ্রমিব সিন্ধবঃ। যে দ্রোণমাদ্রবন্ সংখ্যে কে শুরাস্তানবারয়ন্ ॥৪৮॥
যে তে দ্বাদশ বর্ষাণি ক্রীড়ামুৎসৃজ্য বালকাঃ। অস্ত্রার্থমবসন্ ভীষ্মে বিভ্রতো ব্রতমুত্তমম্ ॥৩৯॥
ক্ষত্রঞ্জয়ঃ ক্ষত্রদেবঃ চ মানদঃ। ধৃষ্টদ্যুম্নাত্মজা বীরাঃ কে তান্ দ্রোণাদবারয়ন্ ॥৫০॥
( যুগ্মকম্ )

শতাদ্বিশিষ্টং যং যুদ্ধে সমমন্যন্ত বৃষ্ণয়ঃ। চেকিতানং মহেষ্বাসং কস্তং দ্রোণাদবারয়ৎ ॥৫১॥

---

মপা অর্জ্জুনদগী হেন্না কনবা, খুৎলায়পুম্বা হৈরবা,
ব্রহ্মচারী কন্না ওইওম্বা, ধর্ম্ম কায়দব অচুম্বা পাম্বা
শক্তিদা কৃষ্ণগা অন্নাওইবা, মপাজন্দ অর্জ্জুনগা মান্নবা,
তেজদা নুমিৎকুম্ কন্নবা, বুদ্ধিদা বৃহস্পতিগুম্নবা
পাখং পুকচেল্ চাউরবা, অভিমন্যু কৌবনা চঙলকপদা
কৌরব পঙ্কগী অকনবা, কনা কনানা মাবু খিংখিবা ? ॥৪৪--৪৬॥

পাখং মখোক্ কায়কপা, খোরব বুদ্ধিনা মতাকী ওইবা য়েক্লব পুম্বা হাৎওম্বা অভিমন্যুনা দ্রোণ তম্না চেল্‌শিন্নকপদা, সঞ্জয়। লাল্ য়েংঙবা নখোয়গী থম্মোয় অমদি নপুক্লীংহ্ন করম্ তৌখি ॥৪৭॥

তুরেল ঈয়োঙ মঙানা, ঈপাক্ তম্না চেল্‌শিনবগুম্
দ্রৌপদীগী মচা মঙানা, দ্রোণ তম্না চেল্‌শিন্নকপদা
কৌরব তেঙ্গোল্‌গী অকনবা, কনা কনানা খিংবগে ? ॥৪৮॥

ক্ষত্রঞ্জয় ক্ষত্রদেব ক্ষত্রধর্ম্মা অমদি মানদ কৌবা ধৃষ্টদ্যুম্নগী মচা মরি অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী ওইন, অঙাংগী শান্ন খোৎনবা পুম্বা থাদোক্লুনা, ব্রহ্মচারী ওইহুনা, ভীষ্মগী মনাক্ত লৈহুনা, খুৎলায় পুম্বা তম্লহুনা লোইশ্রবনি। মখোয় মরি অসিনা দ্রোণ তম্না চেল্‌শিন্নকপা মতম্দা কৌরব পঙ্করোম্দগী কনা কনানা চোংখোয়রকলুনা পান্নখিবগে ? কনা কনানা মখোয়সিবু খিংখিবগে ? ॥৩৯—৫০॥

বৃষ্ণিবংশগী—মী পুম্বনা, লাল্‌কম্দদি অকনবা লাম্মীশিং অসিদগীসু মথন্তনা কনবা হেল্লি হায়না।

বার্দ্ধক্ষেমিঃ কলিঙ্গানাং যঃ কস্তামাহরদ্যুধি। অনাধৃষ্টিরদীনাত্মা কস্তং দ্রোণাদবারয়ৎ ॥৫২॥
ভ্রাতরঃ পঞ্চ কৈকেয়া ধার্ম্মিকাঃ সত্যবিক্রমাঃ। ইন্দ্রগোপকসঙ্কাশা রক্তবর্ম্মায়ুধধ্বজাঃ ॥৫৩॥
মাতৃষ্বস্যুঃ সুতা বীরাঃ পাণ্ডবানাং জয়ার্থিনঃ। তান্ দ্রোণং হন্তুমায়াতান্ কে বীরাঃ পর্য্যবারয়ন ॥৫৪॥
( যুগ্মকম্ )

যং যোধয়ন্তো রাজানো নাজয়ন্ বারণাবতে। ষণ্মাসানপি সংরব্ধা জিঘাংসন্তো যুধাং পতিম্ ॥৫৫॥
ধনুষ্মতাং বরং শূরং সত্যসন্ধং মহাবলম্। দ্রোণাৎ কস্তং নরব্যাঘ্রং যুযুৎসুং পর্য্যবারয়ৎ ॥৫৬॥
( যুগ্মকম্ )

যঃ পুত্রং কাশিরাজস্য বারাণস্যাং মহারথম্। সমরে স্ত্রীষু গৃধ্যন্তং ভল্লেনাপাহরদ্রথাৎ ॥৫৭॥
ধৃষ্টদ্যুম্নং মহেষ্বাসং পার্থানং মন্ত্রধারিণম্। যুক্তং দুর্য্যোধনানর্থে সৃষ্টং দ্রোণবধায় চ ॥৫৮॥
নির্দ্দহন্তং রণে যোধান্ দারয়ন্তঞ্চ সর্ব্বতঃ। দ্রোণাভিমুখমায়ান্তং কে শূরাঃ পর্য্যবারয়ন্ ॥৫৯॥
( বিশেষকম্ )

উৎসঙ্গ ইব সংবৃদ্ধং দ্রুপদস্যাস্ত্রবিত্তমম্। শিখণ্ডিনং শস্ত্রগুপ্তং কে বা দ্রোণাদবারয়ন্ ॥৬০॥

বাখান্ তৌনরিবা, অচৌবা লীরুং পায়বা অকনবা চেকিতান হায়বদুনা—দ্রোণ তম্না চঙশিল্লকপা মতম্দা কনা কনানা মহাকপু ভাকথোকখিবগে ? ॥৫১॥ বৃদ্ধক্ষেমগী মচা, অরাবা খঙ্দবা, থাঙ্হৈবা, অনাধৃষ্টি হায়বদুনা দ্রোণগী মনাক্ত চঙ্শিল্লকপদা কনাকনানা মহাকপু থিংখিবগে ? ॥৫৩॥ মাগী অমদি কাংচেৎকী মচু মানবা লালফুরিৎ লীৎপা, খুৎলায় মখল্ মখল্ হৈরবা, থোইদোক্লা মপাঙ্গল কল্লবা, ধর্ম্ম চেল্লবা পাণ্ডবশিংগী মন্দোম্না পোকপা, জয় ওইনি হায়না আশা তৌগনবা, কেকয় দেশগী মচীনমনাও মঙানা দ্রোণবু হাৎলনি হায়না চঙ্শিল্লকপা মতমসিদা ঐখোয়গী পক্ষগী করম করম্বা অকনবশিংনা মখোয়বু থিংখিবগে ? ॥৫৩—৫৪॥ শাউরবা অমদি মহাকপু হাৎকে হায়না খল্লবা, কল্লবা নিংথৌশিংনা থা তরুক্ চুপ্প মহাক্না শোক্লবদা, মায়থীবা পীবা ঙম্খিদ্রবা, লালহৈবা, অচৌবা লীরুং পায়রবা, রাশক্ চেৎপা, মপাক্না থোইনা কল্লবা, নিপা অথোইবা যুযুৎসু হায়বা অদুনা দ্রোণ তম্না চঙশিল্লকপা মতমদুদা, কনা কনানা মাবু থিংখিবগে ? ॥৫৫—৫৬॥ মহাক্ অদুনা মখস্ত কাশীনগর তাম্না চত্না, নুপী পাম্নবা, মহারনী ওইরবা, কাশী রাজকুমার অদুবু তানা থিন্দুনা রথ মথক্তগী নৈমায়থক্ত তাহনখিবা, নুমিৎ চুপ্প পাণ্ডবশিংদা মন্ত্রনা পীরিবা, দুর্য্যোধনগী যাঙ্নতাক্লবত—খন্দুনা লৈরিবা, দ্রোণ হাৎকে হায়বগীদমক্ পোকখিবা, লান্দা য়েক্লবা লাম্নীশিংবু তুম্ন হাৎঙম্বা, অদুগুম্বা অকনবা, ধৃষ্টদ্যুম্ন হায়বদুনা দ্রোণ তম্না চঙ্শিল্লকপা মতমদুদা, কনা কনানা মাবু থিংখিবগে ? ॥৫৭—৫৯॥

দ্রুপদনিংথৌগী তম্পাক্তা,
চাউখিবা থোইনবু কল্লবা,
লীরুং পায়বগী মনুংদা,

সন্তো বৃকোদরাজ্জাতো মহাবলপরাক্রমঃ। মায়াবী রাক্ষসো বীরো যস্মাত্মম মহদ্ভয়ম্ ॥৬৯॥
পার্থানাং জয়কামং তং পুত্রাণাং মম কণ্টকম্। ঘটোৎকচং মহাত্মানং কস্তং দ্রোণাদবারয়ৎ ॥৭০॥
(যুগ্মকম্)

এতে চান্যে চ বহবো যেষামর্থায় সঞ্জয়। তাক্তারঃ সংযুগে প্রাণান্ কিং তেষামজিতং যুধি ॥৭১॥
যেষাঞ্চ পুরুষব্যাঘ্রঃ শার্ঙ্গধন্বা ব্যপাশ্রয়ঃ। হিতার্থী চাপি পার্থানাং কথং তেষাং পরাজয়ঃ ॥৭২॥
লোকানাং গুরুরত্যর্থঃ লোকনাথঃ সনাতনঃ। নারায়ণো রণে নাথো দিব্যো দিব্যাত্মবান্ প্রভুঃ ॥৭৩॥
যস্য দিব্যানি কর্ম্মাণি প্রবদন্তি মনীষিণঃ। তান্যহং কীর্ত্তয়িষ্যামি ভক্ত্যা ধৈর্য্যার্থমাত্মনঃ ॥৭৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
দ্রোণাভিষেকে ধৃতরাষ্ট্রবাক্যে অষ্টমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

চেন্শিল্লরুবদা কনা কনানা মহাক্পু থিংখিবগে ? ॥৬৮॥ হেক্ পোক্পা নুমিত্তগী রাংচাউনা মপাঙ্গল কন্না অতুম্ পোক্লবা, কন্সু কনবা মায়াস্থ হৈরবা, ঐনস্থ থোইদোক্না মাবুত কিরিবা, পাণ্ডবশিংগী জয়ওইননবত খন্দুনা হোৎনহুনা লৈরিব, ঐগী ঈচাশিংগী মতম্দদি অচৌবা য়েক্লব তিংখং অম ওইরিবা, ঘটোৎকচ হায়বা ভীমগী মচাতুনা, দ্রোণ তন্না চেন্শিল্লক্পা মতম্দা কনা কনানা থিংখিবগে ? ॥৬৯—৭০॥

সঞ্জয় ! কল্লবা পাণ্ডবশিং অমদি মখোয়গীদমক্ত মথ্ৱাই থাব পাস্মুব্রবা অকন্বশিং অহুনা মখোয়গী য়েক্লবা কনানদি মায়থীব কংদনা, মথ্ৱাই পুহুনা হন্খিগদগেদো ? ॥৭১॥ অসি পুম্বগী মথক্তা, নিপা অথোইবা, কনা অমতনা ওস্নরোইদৌবা, কৃষ্ণমক্না মখোয়গী সহায় উপায় ওইহুনা লৈরিবা পাণ্ডবশিং অহুবুদি কনানা মায়থীহন্বা ঙম্গনি ? ॥৭২॥

মরোল্ অহুম্গী গুরু অথোইবা,
মরোল্ অহুম্গী মপু অঙাক্পা,
তাইবং মীনা কংদবা শক্তি পুঙম্বা
অঙক্পা থবক্তনা মশিল্ ওইবা
জগৎকী মপু শেম্ব-ঙাক্প-থুগাইবা,
নারায়ণ কৌব মশামক্না
পাণ্ডবশিংগী ওইরিদো ঙাক্শেন্বা ? ॥৭৩॥

সঞ্জয় ! জ্ঞানীশিংনা, মীরম্লেন্দ ওইররোইদৌবা, কনানস্থ তৌররোইদৌবা, মহাক্কী মতীক্ মগুণ মথৌনাবু শক্শোল্লি। কৃষ্ণ মাগী মতীক্ মগুণ অহুবু, অরাবা ওহাক্ কাউননবগীদমক্, শম্পৎনা ঐ, নঙোন্দা হায়গে ॥৭৪॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক্ লিশিং চামনা, শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা দ্রোণাভিষেকগী মতুংদা ধৃতরাষ্ট্রবাক্যগী নিপাল ওবা অধ্যায় লোইয়ে। ॥ * ॥

# শ্রীমহাভারতম্

## নবমোঽধ্যায়ঃ

( ধৃতরাষ্ট্রনা সঞ্জয়গী মফম্‌দা শ্রীকৃষ্ণগী মগুণ শকপা। )

মাপলগুবা অধ্যায়

—:(॰):—

ধৃতারাষ্ট্র উবাচ।

শৃণু দিব্যানি কর্ম্মাণি বাসুদেবস্য সঞ্জয়। । কৃতবান্ যানি গোবিন্দো যথা নান্যঃ পুমান্ ক্বচিৎ ॥১॥
সংবর্দ্ধতা গোপকুলে বালেনৈব মহাত্মনা। বিখ্যাপিতং বলং বাহ্বোস্ত্রিষু লোকেষু সঞ্জয়। ॥২॥
উচ্চৈঃশ্রবস্তুল্যবলং বায়ুবেগসমং জবে। জঘান হয়রাজং তং যমুনাতীরবাসিনম্ ॥৩॥
দানব ঘোরকর্ম্মাণং গবাং মৃত্যুমিবোত্থিতম্। বৃষরূপধরং বাল্যে ভুজাভ্যাং নিজঘান হ ॥৪॥
প্রলম্বং নরকং জম্ভং পীঠঞ্চাপি মহাসুরম্। মুরঞ্চাণ্ডকঙ্কাশমবধীৎ পুষ্করেক্ষণঃ ॥৫॥
তথা কংসো মহাতেজা জরাসন্ধেন পালিতঃ। বিক্রমেণৈব কৃষ্ণেন সগণঃ পাতিতো রণে ॥৬॥
সুনামা রণবিক্রান্তঃ সমগ্রাক্ষৌহিণীপতিঃ। ভোজরাজস্য মধ্যস্থো ভ্রাতা কংসস্য বীর্য্যবান্ ॥৭॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! তাইবংমী কনাঅমতনা, করিগুম্বা মতমদা তৌখিদ্রিবা, তৌররোইদোবা, কৃষ্ণনা তৌখিবা অণ্ডকপা থবকশিং অদো ঐলীগে তাও ॥১॥ সঞ্জয়! মহাত্মা ওইরবা কৃষ্ণনা, গোকুলদা চাউখিল্লনা অঙাং ওইরিঙৈদগী মহাক্না মাগী মতিকমগুণ মথৌনাগী মিংচৎ অমদি মঙালবু মরোল্ অহুম্‌দা শন্দোক্‌খি ॥২॥ উচ্চৈশ্রবাগা মান্নবা কল্লবা, নুংশিৎকী মতৌগুম্ শাক্ত কল্লবা-য়াঙ্‌লবা, যমুনামপান্দা লৈবা শগোল্ অতবু মহাক্না হাৎখিদো, ॥৩॥ অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা, মপাম্বোম্ অনীগী পাঙ্গল্লনা, যন্‌বী যন্নাউশিংগী মফম্‌দা, অশিবগী লাই যমরাজগুম্বা গোপগী মশক্ শাশিন্নরবা, তমথিরবা দানবতুবু, মীকুপ অমদা হাৎখিদো ॥৪॥

থম্বাল মীত্তা তারবা, বাসুদেব কৃষ্ণ মহাক্না,
মহাসুর প্রলম্ব-নরক-জম্ভাসুর পীঠাসুরবুসু
যমগা মান্নরবা সুরাসুরবু
ইরায় লায়না হাৎখিদে ॥৫॥

কৃষ্ণনা নহা ওইরিঙৈদা, খুৎলায় ঈয়াও য়াওদনা, মপাম্বোম্‌গী পাঙ্গল্লনা; জরাসন্ধনা ঙাক্‌শেল্লিবা কংসবু, মহাক্কী খোঙলোয় মন্ত্রীশিংগা লোয়ননা হাৎখি ॥৬॥ য়েক্নবা কৃষ্ণতনা, মমাঙৈদা, ময়াম্বা বলরামগা লোয়ননা চৎখিল্লনা, কল্লবা, মতীক্ মগুণ চাউরবা, অক্ষৌহিনী লাম্নী কয়াগী মপু

বলদেবদ্বিতীয়েন কৃষ্ণেনামিত্রঘাতিনা। তরস্বী সমরে দগ্ধঃ সসৈন্যঃ শূরসেনরাট্ ॥৮॥
( যুগ্মকম্ )

দুর্বাসা নাম বিপ্রর্ষিস্তথা পরমকোপনঃ। আরাধিতঃ সদারেণ স চাস্মৈ প্রদদৌ বরান্ ॥৯॥
তথা গান্ধাররাজস্য সুতাং বীরঃ স্বয়ংবরে। নির্জিত্য পৃথিবীপালানাবহৎ পুষ্করেক্ষণঃ ॥১০॥
অমৃষ্যমাণা রাজানো যস্য জাত্যা হয়া ইব। রথে বৈবাহিকে যুক্তাঃ প্রতোদেনা কৃতব্রণাঃ ॥১১॥
জরাসন্ধং মহাবাহুমুপায়েন জনার্দনঃ। পরেণ ঘাতয়ামাস সমগ্রাক্ষৌহিণীপতিম্ ॥১২॥
চেদিরাজঞ্চ বিক্রান্তং রাজসেনাপতিং বলী। অর্ঘে বিবদমানঞ্চ জঘান পশুবত্তদা ॥১৩॥
সৌভং দৈত্যপুরং খস্থং শাল্বগুপ্তং দুরাসদম্। সমুদ্রকুক্ষৌ বিক্রম্য পাতয়ামাস মাধবঃ ॥১৪॥
অঙ্গান্ বঙ্গান্ কলিঙ্গাংশ্চ মাগধান্ কাশিকোশলান্। বাৎস্যগার্গ্যকরূষাংশ্চ পৌণ্ড্রাংশ্চাপ্যজয়দ্রণে ॥১৫॥
আবন্ত্যান্ দাক্ষিণাত্যাংশ্চ পার্বতীয়ান্ কুশেরকান্। কাশ্মীরকানৌরসিকান্ পিশাচাংশ্চ সমুদ্গলান্ ॥১৬॥
কাম্বোজান্ বাটধানাংশ্চ চোলান্ পাণ্ড্যাংশ্চ সঞ্জয়!। ত্রিগর্তান্ মালবাংশ্চৈব দরদাংশ্চ সুদুর্জয়ান্ ॥১৭॥
নানাদিগ্‌ভ্যশ্চ সংপ্রাপ্তান্ খশাংশ্চৈব শকাংস্তথা। জিতবান্ পুণ্ডরীকাক্ষো যবনঞ্চ সহানুগম্ ॥১৮॥
( বিশেষকম্ )

---

ওইরবা, লান্মী তেঙ্গোলগা লোয়নরবা, ভোজরাজ কংসগী পোক্‌মিন্নবা শূরসেনদেশগী নিংথৌ সুনামাবু লান্দা মায়থীবা পীদুনা হাৎখি ॥৭—৮॥ মমাঙৈদা কৃষ্ণনা মাগী লোয়নবীগা, য়ায়া শাউগল্লবা দুর্বাসা সেবা পূজা তৌখি। মাহুদা থোইনা পেন্‌শ্রবা দুর্বাসানা কৃষ্ণদা বর য়ায়া পীখি ॥৯॥ থগ্বাল্‌মীতা তারবা, কল্লবা কৃষ্ণনা, স্বয়ম্বর বিবাহ অমদা, পৃথিবীগী অকন্‌বা নিংথৌ পুন্নমক্‌পু ভমদুনা, গান্ধার রাজ কন্যাবু নম্‌দুনা পুরকৃখি ॥১০॥ মতম্ অদুদা খাঙবা ভমদনুনা, মরিল্ লৈরবা শগোল্‌গুম্না, নিংথৌশিং অদুনা, কৃষ্ণগী শগোল্ শাজেনা কনবদা ইহং নাইহং শাখি ॥১১॥ কৃষ্ণ মাগী মবুদ্ধিতনা, শরৌতনা, ভীমসেনবু থাজিন্দুনা অক্ষৌহিণী কয়াগী মপু কল্লবা জরাসন্ধবু হাৎহন্‌খি ॥১২॥ যুধিষ্ঠিরগী রাজসূয় যজ্ঞগী সভা মণ্ডপতা কল্লবা শিশুপাল, নিংথৌ ওইন ওইনা সেনাপতি মহাকী কৃষ্ণদা অঘ্য কৎপগী, মকোক্ মথংগী থৎনরকৃপদগী, কল্লবা কৃষ্ণনা শিশুপালবু যজ্ঞমগী বলিগী শাগুম্, হাৎখি ॥১৩॥ কৃষ্ণনা মমাঙৈদা, সমুদ্র মথকী নোংমদোম্বক্ত পাইবা, শাল্ব নিংথৌনা ঙাক্‌লিবা, লাকুণ্ডম্ কাণ্ডম্রবা সৌভ কৌবা বিমানবু থুগাইখি ॥১৪॥ কৃষ্ণনা লান্দা, অঙ্গ-বঙ্গ-কলিঙ্গ, মগধ, কাশী, কোশল বাৎস্য, গার্গ্য, করুষ অদুগা প্রোণ্ড্রদেশগী লান্মীশিংবু লোইনা জয় তৌখি ॥১৫॥

সঞ্জয়! অবন্তি, দক্ষিনাত্য, চীংলমদম্‌গী দেশপুম্বা, কুমারেক কাশ্মীর, ঔরাসিক, পিশাচ মুদ্গল, কাম্বোজ, বাটধান, চোল, পাণ্ড্য, ত্রিগর্ত্ত, মালা, লাক্‌ণ্ডম্‌কাণ্ডম্রবা দরদ, অতোপ-অতোপ্প দেশদগী লাক্‌পা খশ অমদি শক— অসিপুম্নমক অসিবু অদুগা খোংলোয়শিংগী লোয়ননা যবনরাজবু — কৃষ্ণ মথন্তনা জয় তৌখি ॥১৬—১৮॥ কৃষ্ণনা মমাংঙৈদা, জলজন্তু

প্রবিশ্য মকরাবাসং যাদোগণনিষেবিতম্ । জিগায় বরুণং সংখ্যে সলিলান্তর্গতং পুরা ॥১৯॥
যুধি পঞ্চজনং হত্বা পাতাললবাসিনম্ । পাঞ্চজন্যং হৃষীকেশো দিব্যং শঙ্খমবাপ্তবান্ ॥২০॥
খাণ্ডবে পার্থসহিতস্তোষয়িত্বা হুতাশনম্ । আগ্নেয়মস্ত্রং দুর্দ্ধর্ষং চক্রং লেভে মহাবলঃ ॥২১॥
বৈনতেয়ং সমারুহ্য ত্রাসয়িত্বাঽমরাবতীম্ । মহেন্দ্রভবনাদ্বীরঃ পারিজাতমুপানয়ৎ ॥২২॥
তচ্চ মর্ষিতবান্ শক্রো জানংস্তস্য পরাক্রমম্ । রাজ্ঞাঞ্চাপ্যজিতং কশ্চিৎ কৃষ্ণেনেহ ন শুশ্রুম ॥২৩॥
যচ্চ তন্মহদাশ্চর্য্যং সভায়াং মম সঞ্জয় । । কৃতবান্ পুণ্ডরীকাক্ষঃ কস্তদন্য ইহার্হতি ॥২৩॥
যচ্চ ভক্ত্যা প্রসন্নোঽহমদ্রাক্ষং কৃষ্ণমীশ্বরম্ । তন্মে সুবিদিতং সর্ব্বং প্রত্যক্ষমিব চাগমম্ ॥২৫॥
নান্তো বিক্রমযুক্তস্য বুদ্ধ্যা যুক্তস্য বা পুনঃ । কর্ম্মণঃ শক্যতে গন্তুং হৃষীকেশস্য সঞ্জয় । ॥২৬॥
তথা গদশ্চ শাম্বশ্চ প্রদ্যুম্নোঽথ বিদূরথঃ । অগাবহোঽনিরুদ্ধশ্চ চারুদেষ্ণঃ সসারণঃ ॥২৭॥
উল্মুকো নিশঠশ্চৈব ঝিল্লী বভ্রুশ্চ বীর্য্যবান্ । পৃথুশ্চ বিপৃথুশ্চৈব সমীকোঽথারিমেজয়ঃ ॥২৮॥
এতেঽন্যে বলবন্তশ্চ বৃষ্ণিবীরাঃ প্রহারিণঃ । কথঞ্চিৎ পাণ্ডবানীকং শ্রয়েয়ুঃ সমরে স্থিতাঃ ॥২৯॥
আহূতা বৃষ্ণিবীরেণ কেশবেন মহাত্মনা । ততঃ সংশয়িতং সর্ব্বং ভবেদিতি মতির্মম ॥৩০॥ (কলাপকম্)
নাগাযুতবলো বীরঃ কৈলাসশিখরোপমঃ । বনমালী হলী রামস্তত্র যত্র জনার্দ্দনঃ ॥৩১॥

---

কয়াকয়ানা থল্লবা সমুদ্র মনুংদা চঙ্‌শিনখিহুনা, ঈশিং মনুংদা লৈবা বরুণবু লান্দা জয় তৌখি ॥১৯॥ কৃষ্ণনা লান্দা, পাতালদলৈবা পঞ্চজন কৌবা দৈত্যবু হাত্তুনা পাঞ্চজন্য কৌবা অঙকপা মোইবুংবু ফংখবনি ॥২০॥ কল্লবা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনগা তিন্নহুনা, খাণ্ডববননা আগ্নিদেববু পেল্‌হন্দুনা অগ্নিদেবদগী সুদর্শন কৌবা চক্রবু ফংখি ॥২১॥ কল্লব', তৌবাঙন্বা কৃষ্ণনা গরুড় তোংহুনা অমরাবতী নগরীদা চত্তুনা, ইন্দ্রগী কোন্নুং-লৈকোন্দগী পারিজাত পাম্বীবু নমহুনা লৌখি ॥২২॥ কৃষ্ণগী শক্তি খঙজবা ইন্দ্রনা মপোৎ মুন্‌খিবত্তবু তুমিন্ন তাহনা-খাঙহুনা লৈহৌই। অসিগী মথক্তা, পৃথিবীগী মনুংদা করমকরম্বা নিংথৌনা কৃষ্ণগী মথুক্তা মায়থিবা ফংখিদবগে হায়বহু ঐখোয়না করিগুম্বদা তাব-খঙ্‌বা লৈত্রে ॥২৩॥ সঞ্জয় ! কৃষ্ণনা অঙ্গুইঙে, ঐগী রাজসভাদা উংখিবা-পুথোকখিবা অকিবা অঙকপা ফংলবা মুত্তিহুঙম্বা জগত্তা কনানা পুথোকপ- ঙম্বগে ? ॥২৪॥ মতম্ অহুদা মীত্তাঙ্‌লবা ঐগী নুংশিব অকিবা পোক্লবা মুত্তি অহুবু উজবা ফংখি। অসি পুম্বসি হৌজিকফাও, ঐ, লোইনা উহুনা খঙহুনা লৈরি। পুম্নমকসি থাজৈশেংনা ঈমিৎমক্তা উত্রবনি ॥২৫॥ সঞ্জয় ! কৃষ্ণনা মাগী মপাঙ্গল্লা বুদ্ধিনা তৌখিবা থবকশিং অদু লোইনা রাপ্তনা লীবা শক্‌পা ঙম্‌দে ॥২৬॥ অসিগী মথক্তা, গদ, সাম্ব, প্রদ্যুম্ন, বিদূরথ, অগাবহ, অনিরুদ্ধ, চারুদেষ্ণ, সারণ উল্মুক, নিশঠ, ঝিল্লী কল্লবা বভ্রু, পৃথু, বিপৃথু, সমীক, অরিমেজয়— মখোয় অসিনা অহুগা, কল্লবা লাল্‌হৈরবা বৃষ্ণিবংশগী অকনবাশিং অহুবু কৃষ্ণনা কৌশিন্দুনা মখোয় অসিনা পাণ্ডবশিংগী মীচঙ্ ওইদুনা, মখোয়দা আশ্রয় পীহুনা, কৌরব তেঙ্গোলমরক্তা হেক মহায়জিল্লক্লবদি কৌরব লাম্মী পুম্নমকনা লৈখিত্রা হায়বহুদা চিংনবা

যমাহুঃ সর্বপিতরং বাসুদেবং দ্বিজাতয়ঃ। অপি বা হ্যেষ পাণ্ডুনাং যোৎস্যতেঽর্থায় সঞ্জয়। ॥৩২॥
স যদা তাত! সন্নহ্যেৎ পাণ্ডবার্থায় সঞ্জয়!। ন তদা প্রতিসংযোদ্ধা ভবিতা তত্র কশ্চন ॥৩৩॥
যদি স্ম কুরবঃ সর্ব্বে জয়েয়ুর্নাম পাণ্ডবান্। গাঞ্চে যোঽর্থায় তেষাং বৈ গৃহ্ণীয়াচ্ছস্ত্রমুত্তমম্ ॥৩৪॥
ততঃ সর্ব্বান্ নরব্যাঘ্রো হত্বা নরপতীন্ রণে। কৌরবাংশ্চ মহাবাহুঃ কুন্ত্যৈ দদ্যাৎ স মেদিনীম্ ॥৩৫॥
যস্য যন্তা হৃষীকেশো যোদ্ধা ধনঞ্জয়ঃ। রথস্য তস্য কঃ সংখ্যে প্রত্যনীকো ভবেদ্রথঃ ॥৩৬॥
ন কেনচিদুপায়েন কুরূণাং দৃশ্যতে জয়ঃ। তস্মান্মে সর্বমাচক্ষ্ব যথা যুদ্ধমবর্ত্তত ॥৩৭॥
অর্জ্জুনঃ কেশবস্যাত্মা কৃষ্ণোঽপ্যাত্মা কিরীটিনঃ। অর্জ্জুনে বিজয়ো নিত্যং কৃষ্ণে কান্তিশ্চ শাশ্বতী ॥৩৮॥

---

পোক্‌ই ॥২৭-৩০॥ কৃষ্ণনা য়াওবা মায়কৈদা, শামুলিশিংতরাগী পাজল কনব, কৈলাসচীঙগী চিংদোলগুম ভোরব, মশারাং চাওরবা, বনমালানা ভকশমদা লৈতেংবা, বজ্রগা মান্নরবা লাঙ্গল (হল) পান্নবা হলধর কৌবা ময়াম্বা বলরামসু, — অদুম্ য়াওগ্রগদবনি ॥৩১॥

ব্রাহ্মণ-জ্ঞানী পণ্ডিতশিংনা,
জগৎকী পিতানি হায়রিবা কৃষ্ণনা,
পাণ্ডবকী পক্ষদা লেপ্তুনা,
লাম্ব্রেংনররগনি য়াম্না কন্না ॥৩২॥
হায়য়্, সঞ্জয়! বাসুদেব কৃষ্ণনা
পাণ্ডবশিংগীদমক্তা মহাক্না
লালগী হৌনবী শেৎচাদুনা
লালকম্‌দা চোংথোরকপা মতমদা
ঐথোয়গী পানগনি মাগা কনানা?
লেপ্প ঙম্মরোই কনাসু ॥৩৩॥

কৌরবশিংনা পাণ্ডবশিংবু জয় তৌবা হাৎপা ঙম্খিববুদি য়াই, অদুবু কৃষ্ণনা পাণ্ডবশিংগীদমক্তা অঙকপা থৌরবা খুৎলায় অম পায়খৎলকপা য়াই ॥৩৪॥ মতম্ অদুদা কৃষ্ণনা খুৎলায় অদুমতনা কৌরবা লাম্নী নিংথৌ পুম্নমকপু ঙমদুনা, লৈপাক্ অসি কুন্তীদা পীথোক্খিবসু য়াই ॥৩৫॥

কৃষ্ণমক্তা সারথি ওইবা, মহারথী ওইরবা অর্জ্জুননা
অদুগুম্বা রথগী মমাঙ্‌দা, চঙশিন্‌গনি করম্বা রথনা? ॥৩৬॥

অদুনা, সঞ্জয়! ঐদি, কৌরবশিং অমদি ঈচাশিংনা, পাণ্ডবশিং ঙম্‌গনি হায়বসি ঈউ উত্রি, থাজত্রি। অদুনা, দ্রোণনা সেনাপতি ওইদুনা শোরুখিব লালগী মতাং অদু মথং শীৎনা ঐঙোন্দা তস্সু ॥৩৭॥

কৃষ্ণগী থরাই অর্জ্জুননা ওইবনি।
অর্জ্জুনগী আত্মাসু কৃষ্ণনা ওইবনি।

সর্ব্বেষপি চ লোকেষু বীভৎসুরপরাজিতঃ । প্রাধান্যেনৈব ভুয়িষ্ঠমমেয়াঃ কেশবে গুণাঃ ।৩৯।
মোহাদ্দুর্য্যোধনঃ কৃষ্ণং যো ন বেত্তীহ কেশবম্ । মোহিতো দৈবযোগেন মৃত্যুপাশপুরস্কৃতঃ ।
ন বেদ কৃষ্ণং দাশার্হমর্জ্জুনঞ্চৈব পাণ্ডবম্ ।৪০।
পুর্বদেবৌ মহাত্মানৌ নরনারায়ণাবুভৌ । একাত্মানৌ দ্বিধাভুতৌ দৃশ্যেতে মানুষৈর্ভুবি ।৪১।
মনসাপি হি দুর্দ্ধর্ষৌ সেনামেতাং যশস্বিনৌ । নাশয়েতামিহেচ্ছন্তৌ মানুষত্বাচ্চ নেচ্ছতঃ ।৪২।
যুগস্যেব বিপর্য্যাসো লোকানামিব মোহনম্ । ভীষ্মস্য চ বধস্তাত ! দ্রোণস্য চ মহাত্মনঃ ।৪৩।
ন হ্যেব ব্রহ্মচর্য্যেণ ন বেদাধ্যয়নেন চ । ন ক্রিয়াভির্ন চাস্ত্রেণ মৃত্যোঃ কশ্চিন্নিবার্য্যতে ।৪৩।
লোকসম্ভাবিতৌ বীরৌ কৃতাস্ত্রৌ যুদ্ধদুর্ম্মদৌ । ভীষ্মদ্রোণৌ হতৌ শ্রুত্বা কিং নু জীবামি সঞ্জয় ! ।৪৫।
যাং তাং শ্রিয়মসূয়ামঃ পুরা দৃষ্ট্বা যুধিষ্ঠিরে । অদ্য তামনুজীবামো ভীষ্মদ্রোণবধেন হ ।৪৬।

---

মতম পূম্বদা অয়না অর্জ্জুনদ লৈবনি ।
মিংচৎনা কৃষ্ণদা তগুনা লৈবনি ।
অনীসিবু করম্না কনানা ঙম্‌গনি ? ॥৩৮॥

অর্জ্জুন হায়বসে, সঞ্জয় ! মরোল্ অহুম্‌দা কনানস্নু ঙম্বা ঈয়া য়াদনা লৈরিবনি । কৃষ্ণগী মথৌ, মথৌনা, মগুণবু কনানস্নু লোইনা খঙদবনি ॥৩৯॥ কৃষ্ণসিবু নারায়ণমক্নি হায়না খঙ্‌দবা অপঙ্‌বা ঈচা দুর্য্যোধন অসে, মরায়বক্ থীবনা গুমহৎলবনি, লোইরবনি অশিবগী খয়াত্তা চোংশিল্লবনি। মরম্‌দি হৌজিক্ ফাওববু, মহাক্না দাশার্হ বংশগী কৃষ্ণবু, অদুগা পাণ্ডুগী মচা অর্জ্জুনবু কনানো হায়বদু মুম্ন খঙদ্রি ॥৪০॥

থাঙ্গৈশেংবমকস্নু কৃষ্ণ-অর্জ্জুন হায়রিবা অনী অসি মমাঙৈগী কুইরবা নরনারায়ণগী মশক্ ওইরবা, মনুংদা অমত্ত ওইবা, মহাত্মা ওইরবা দেবতা-ঋষি অনীগুনি। অমত্ত ওইরবস্নু মর্ত্ত্য লোক অসিদদি মহাক্‌পু অনীথোক্না, অয়াম্বনা উনৈ ॥৪১॥ মরম্ অদুনা কৃষ্ণ-অর্জ্জুন হায়বা অনীসিনবু তৌবু তৌগে হায়রবদি, মপুক্নিংতনা মীকুপ. অমদা কৌরব তেঙ্গোল্‌সিবু মাঙহন্‌বা ঙম্মি। অদুবু, তাইবং মীওইবগী স্বভাব অমদি কর্ম্মতনা লৈনিংবনা, থবক্ অদু তৌদদুনা লৈরিবতনি ॥৪২॥ ঈবুঙো সঞ্জয় ! মহাত্মা ওইরবা ভীষ্মগা দ্রোণগা অনীবু হাৎখিবসিমক্ যুগকী পরিবর্ত্তননি, অদুগা জগৎ অসিগী অঙকৃপা কংলবা থোদোক্ অমা থোক্‌খ্রবনি হায়না খল্লি । ॥৪৩॥ য়েংঙু, সঞ্জয় ! ব্রহ্মচর্য্য চৎপনা, বেদ শাস্ত্র তম্বা-নৈনবনা, যাগযজ্ঞ ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌবনা অদুগা থৌরবা খুৎলায়নস্নু কনাবু অশিব হায়বদুদগী কন্‌বা ঙম্‌দে ॥৪৪॥ সঞ্জয় ! অসিমস্নু মুম্ন খল্লু জগৎনা ইকায় খুম্নরবা, খ্বাইদগী কল্লবা, খুৎলায় লোয়না হৈরব-খঙ্‌লবা, লান্দা লাক্‌ঙম্ ফাওম্‌দবা ভীষ্ম-দ্রোণগুম্বনদি শিগ্রগা, ঐগুম্বনা করিগী হৌজিক্ ফাওবা হিংদুনা লৈরি ? ॥৪৫॥ ঐখোয়না, মমাঙৈদা যুধিষ্ঠিরগী মরল্ মথুম্‌দা কয়াদ কল্লক্-মিহৌক্নরবা। ভীষ্ম-দ্রোণ লৈখিত্রবা

সংক্রুতে চাপানুপ্রাপ্তঃ কুরূণামেব সংক্ষয়ঃ । পাপানাং হি বধে সূত ! বজ্রায়ন্তে তৃণান্যপি ॥৪৭॥
অনন্তমিদমৈশ্বর্য্যং লোকে প্রাপ্তো যুধিষ্ঠিরঃ । যস্য কোপান্মহাত্মানৌ ভীষ্মদ্রোণৌ নিপাতিতৌ ॥৪৮॥
প্রাপ্তঃ প্রকৃতিতো ধর্ম্মো ন ধর্ম্মো মামকান্ প্রতি । ক্রূরঃ সর্ব্ববিনাশায় কালোঽসৌ নাতিবর্ত্ততে ॥৪৯॥
অন্যথা চিন্তিতা হ্যর্থা নরৈস্তাত ! মনস্বিভিঃ । অন্যথৈব প্রপদ্যন্তে দৈবাদিতি মতির্মম ॥৫০॥
তস্মাদপরিহার্য্যেঽর্থে সংপ্রাপ্তে কৃচ্ছ্র উত্তমে । অপারণীয়ে দুশ্চিন্ত্যে যথাভূতং প্রচক্ষ্ব মে ॥৫১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
দ্রোণাভিষেকে ধৃতরাষ্ট্রানুতাপে নবমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

ফাওবসিদ, মখোয়গী মরল্ মথুম্ সম্পাত্তিশিংসি লৌখিগনি হায়বগী আশাদা হৌজিক্ কাওবা হিংগুনা লৌর ॥৪৬॥ ওস্থোকপান সঞ্জয় ! ধৃতরাষ্ট্র-ঐগী হাক্তক্কগী কৌরব শাগৈগী মাঙ্‌তাক্কবগী থৌদোক্ অসি থোক্‌খ্রে । ফত্রবা পাপীশিংগী মক্কমদা পাপকী মহৈ কংননবা চাননবগী মতম্ হেক্ লাক্পদা মখোয়গী মফম্‌দা পীক্কবা নাপীমকা অমনস্থু বজ্রগী মশক্ ওইবনি ॥৪৭॥ যুধিষ্ঠিরন মর্ত্ত্যলোক অসিদা ওমৈবে লৈত্রবা মিচং অমাদি ঐশ্বর্য্য ফংখ্রবনি । মহাক্কী অশাউবগী মৈরিনা ভীষ্ম-দ্রোণবু চাক্পেক্খ্রবনি ॥৪৮॥ যুধিষ্ঠিরনা মান্না তৌবা ধর্ম্মগী মহৈ চাখ্রবনি মহৈ অদুগী শরুক্ অম ফাওবা ঐগী ঈচাশিংগী মথুত্তা থুংখিদ্রে । জগৎপু মাঙ্‌হন তাক্কবা তৌবা তম্‌খিরবা মতম্ হায়বা লাই অদো মাঙন তাক্কবা তৌরমদনা ক্লক্ চৎখিরোই ॥৪৯॥ ঈবুঙো সঞ্জয় ! ঐনা অস্থুম্ খনবরু—অশিংবা জ্ঞানী পণ্ডিতশিংনা বিষয়াবু মঙং মায়কৈ অমরোমদা খল্লি-তাল্লি । অদুবু লাইনা তম্‌খিবনা, হায়বদি মন্নায়বক্তা বিধাতানা য়েক্‌খ্রবনা বিষয়শিং অদুনা ঈনৎ নত্তবা অতোপ্পা মওঅমদা হেক্ মরাক্‌ই ॥৫০॥ মরম্ অদুনা, সঞ্জয় ! খনবদা লাম্বা ফঙরোইদোবা, তম্‌খিরবা, অরাবা অকিবগী মশক্ ওইরবা, ঐখোয়গী অরক্থা অদো থুংওরবনি । অদুগা মাদুবু কল্লনবগী ডাক্‌থোক্কনবগী উপায় প্রতীকারসু করিমত লৌতে, লৈস্থ লৈরোই । অদু মঙাইরে, মখা তম্‌খো, লৌখো, তাগে ॥৫১॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণ পর্ব্বদা দ্রোণাভিষেককী মনুংদা ধৃতরাষ্ট্রানুতাপকী মাপল্‌গুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## দশমোঽধ্যায়ঃ

### তরাশুবা অধ্যায়

( দ্রোণনা বরপীবগী মতাং )

—:(০):—

সঞ্জয় উবাচ।

হন্ত তে কথয়িষ্যামি সর্ব্বং প্রত্যক্ষদর্শিবান্। যথা স ন্যপতদ্‌দ্রোণঃ সাদিতঃ পাণ্ডুসৃঞ্জয়ৈঃ ॥১॥
সেনাপতিত্বং সংপ্রাপ্য ভারদ্বাজো মহারথঃ। মধ্যে সর্ব্বস্য সৈন্যস্য পুত্রং তে বাক্যমব্রবীৎ ॥২॥
যৎ কৌরবাণামৃষভাদাপগেয়াদনন্তরম্। সৈনাপত্যেন মাং রাজন্! অদ্য সৎকৃতবানসি ॥৩॥
সদৃশং কর্ম্মণস্তস্য ফলাযাপ্নুহি ভারত।। করোমি কামং কং তেঽদ্য প্রবৃণীষ যমিচ্ছসি ॥৪॥
( যুগ্মকম্ )

ততো দুর্য্যোধনো রাজা কর্ণদুঃশাসনাদিভিঃ। সংমন্ত্র্যোবাচ দুর্দ্ধর্ষমাচার্য্যং জয়ম্ ॥৫॥
দদাসি চেদ্বরং মহ্যং জীবগ্রাহং যুধিষ্ঠিরম্। গৃহীত্বা রথিনাং শ্রেষ্ঠ! মৎসমীপমিহানয় ॥৬॥
ততঃ কুরূণামাচার্য্যঃ শ্রুত্বা পুত্রস্য তে বচঃ। সেনাং প্রহর্ষয়ন্ সর্ব্বামিদং বচনমব্রবীৎ ॥৭॥
টস্যঃ কুন্তীসুতো রাজন্! যস্য গ্রহণমিচ্ছসি। ন বধার্থং সুদুর্দ্ধর্ষ! বরমদ্য প্রযাচসে ॥৮॥

---

**সঞ্জয়না হায় :—** মহারাজ! পাণ্ডবশিং অমদি সৃঞ্জয়শিংনা মতৌ করম্না দ্রোণবু তুহন্‌খিবগে হায়বহ তমজগে। থোদোক অহু, ঐ, ঈমীৎমক্না উরক্রবনি। মাহু মহারাজগী মকম্না লীজগে ॥১॥ মহারথী দ্রোণ অসি, সেনাপতিগী পদবী কংলবা তুন্দা লাম্নী পুম্বগী মথাচ্‌ক্না নচা ঈবুঙোদুর্য্যোধনদা অসুম্না হায়খি ॥২॥ ভরত বংশগী পুংশাইনবগী মশক্ ওইরবা, নিংথৌ, দুর্য্যোধন! কৌরব শাগৈগী লুচিংবা অথোইবা শান্তনুনন্দন ভীষ্মগী তুং অসিদা ঐবু মহাক্না সেনাপতি হাপ্তুম্না ঐবু জগৎনা ঈকায় খুম্নহল্লে। মাহুগী চপ্ চাবা লমন ঐনা শিংগনি। ঐন্না নিংথৌ নংগী নীঙ্‌বা থুংনবা তৌরম্‌গনি। নংনা ঐঙোন্দগী পাম্বা বর হায়য়ু, নিয়ু ॥৩—৪॥ মাহু তাক্‌দ দুর্য্যোধনন্না কর্ণ-দুঃশাসনমচিংবগা তানদুনা লাকৃওম্ কাওমজ্রবা, লান্ জয়গী অথোইবা দ্রোণাচার্য্যদা অমম্না হায়রকই ॥৫॥ রথী অথোইবা ব্রাহ্মণ! গুরুদেব! ঐঙোন্দা বর পীনিগে হায়রবদি যুধিষ্ঠিরবু চঙ্‌না হিংনা, কাদুনা ঐঙোন্দ্‌ পীবিয়ু ॥৬॥ নচাইবুংঙো দুর্য্যোধনগী ৱা অসি তাবদা দ্রোণাচার্য্যনা লাম্নী পুম্নমক্‌পুম্ নং তাইহন্দুনা ৱা অসি হায়খি ॥৭॥ অকন্‌বা নিংথৌ! দুর্য্যোধন নহাক্‌না যুধিষ্ঠিরগী মরায়বক্ কবনি। নহাক্না যুধিষ্ঠিরবু ঐঙোন্দা হাৎলু হায়দদুনা তুম্নগী কাম্বনত পুরক্‌ত্রি হায়রি

কিমর্থঞ্চ নরব্যাঘ্র! বধং তস্য ন কাঙ্ক্ষসি। নাশংসসি ক্রিয়ামেতাং মত্তাং মত্তো দুর্য্যোধন! ধ্রুবম্ ।৯।
আহোস্বিদ্ধর্ম্মরাজস্য দ্বেষ্টা তস্য ন বিদ্যতে। যদিচ্ছসি ত্বং জীবন্তং কুলং রক্ষসি চাত্মনঃ ।১০।
অথবা ভরতশ্রেষ্ঠ! নির্জ্জিত্য যুধি পাণ্ডবান্। রাজ্যাংশং প্রতিদত্ত্বা চ সৌভ্রাত্রং কর্ত্তুমিচ্ছসি ।১১।
ধন্যঃ কুন্তীসুতো রাজা সুজাতঞ্চাস্য ধীমতঃ। অজাতশত্রুতা সত্যা তস্য যৎ স্নিহ্যতে ভবান্ ।১২।
দ্রোণেন চৈবমুক্তস্য তব পুত্রস্য ভারত!। সহসা নিঃসৃতো ভাবো যোঽস্য নিত্যং হৃদি স্থিতঃ ।১৩।
নাকারো গূহিতুং শক্যো বৃহস্পতিসমৈরপি। তস্মাত্তব সুতো রাজন্! প্রহৃষ্টো বাক্যমব্রবীৎ ।১৪।
বধে কুন্তীসুতস্যাজৌ নাচার্য্য! বিজয়ো মম। হতে যুধিষ্ঠিরে পার্থা হন্যুঃ সর্ব্বান্ হি নো ধ্রুবম্ ।১৫।
ন চ শক্যা রণে সর্ব্বে নিহন্তুমমরৈরপি। য এব তেষাং শেষঃ স্যাৎ স এবাস্মান্ ন শেষয়েৎ ।১৬।
সত্যপ্রতিজ্ঞে ত্বানীতে পুনর্দ্যূতেন নির্জ্জিতে। পুনর্যাস্যন্ত্যরণ্যায় পাণ্ডবাস্তমনুব্রতাঃ ॥১৭॥
সোঽয়ং মম জয়ো ব্যক্তং দীর্ঘকালং ভবিষ্যতি। অতো ন বধমিচ্ছামি ধর্ম্মরাজস্য কর্হিচিৎ ।১৮।
তস্য জিহ্মমভিপ্রায়ং জ্ঞাত্বা দ্রোণোঽর্থতত্ত্ববিৎ। তং বরং সান্তরং তস্মৈ দদৌ সঞ্চিন্ত্য বুদ্ধিমান্ ।১৯।

॥৮॥ নিপা অথোইবা, দুর্য্যোধন! হায়য়্য করিগীদমক্ নংনা যুধিষ্ঠিরবু হাৎহন্নিঙদবগে? থবক অসি ঐনা তৌবা ঙম্মোই হায়না, নং খল্লমাল্লে ॥৯॥ অদুবুদি জগৎ অসিদা যুধিষ্ঠিরদি অজাতশত্রুনি, হায়বদি, মাগী য়েক্লবা অমত লৈতে। অদুমক্তনা নহাক্ কাওবনা মাবু হিংহন্নিঙভি। অদুগা, নহাকী বংশবুসু মুৎহন্নিঙজে ॥১০॥ নত্রে হায়রগা, ভরতশাগেগী অথোইবা! নংনা লান্দা পাণ্ডবাশিংবু জয় তৌরে হায়রগা, লৈপাক্ তংখাই অম মখোইদা পীথোক্থগে হাইনা খল্লব্রা? মখোয়গা অমুক মচীন্মনাও ওইবগী নুংশিনরগে হায়না খল্লমাল্লে ॥১১॥ "করে, অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু, যুধিষ্ঠিরসু য়াইফবানি, পোক্পগী মহৈ য়াল্লবনি, জগত্ত মাগী য়েক্লবা প্রোক্তি। হায়বদু চুম্লে। মরম্দি দুর্য্যোধন! নহাক্ কাওবা মাবু নুংশিয়কৃলি" ॥১২॥ ভরতনন্দন! মহারাজ! দ্রোণনা অসুম্না হায়রক্লবদা, নচাঈবুঙো দুর্য্যোধনগী পুক্লীংদা লৈরম্বা ভাব-রাখল্ পুম্বা খুদক্তা মপান্দা, হায়দোরক্লে ॥১৩॥ মরম্দি বৃহস্পতি কাওবনা, মপূক্লীংগীরাবু কুইনা কোঙ্দোক্তনা থম্বা ঙম্দে। মরম্ অদুনা মহারাজ! নচাঈবুংঙো দুর্য্যোধননা নুংঙাইখিদুনা অসুম্না হায়রক্ই ॥১৪॥ গুরুদেব! লান্দা যুধিষ্ঠিরবু হাৎলবসু ঐগী জয়দি ওইররোই। মরমদি যুধিষ্ঠিরবু হেক হাৎপদা পাণ্ডুগী মচা মণ্ডানা ঐখোয়বু তুম্নদি মহাৎখিদোব লৈরে ॥১৫॥ লাইয়াম্ মক্লসু পঞ্চপাণ্ডবপু হাৎপা ঙম্মোই হাৎসু হাৎলোই হায়বসি খঙজে। অদুনা, যুধিষ্ঠিরবু হেক্ হাৎপদা লেমহৌরিবা পাণ্ডবশিংনা ঐখোয় ইচিন্ইনাওশিংগী মনুংদসু কনা অমতবু লেম্হল্হৌররোই। ॥১৬॥ অদুগা রাশকচেৎলবা যুধিষ্ঠিরবু কাদুনা পুররক্লবদি, মহাক্পু অমুক চৌবরদা মায়থীবা পীরবদি, মনাওশিংগা লোয়নদুনা মরাইনা অমুক্ বন্দা চচ্চগ্রগনিদে। ॥১৭॥ মাদুম্ তৌরবদি ঐগী জয়দি শোয়দ্রে গুরুদেব! অদুগা জয় অদুসু মতম্ কুইনা লৈরনি। মরম্ অসি লৈবনা, ঐনা যুধিষ্ঠিরবু হাৎপিগনু হায়জবনি, হাৎহন্নীঙদবনি। ॥১৮॥ থবক্পুম্বগী তত্ত্ব খঙলবা, বুদ্ধিমান্ ওইরবা দ্রোণনা, দুর্য্যোধনগী খোয়ম্নবা

## দ্রোণ উবাচ।

ন চেদ্যুধিষ্ঠিরং বীরঃ পালয়েদর্জ্জুনো যুধি। মন্যস্ব পাণ্ডবশ্রেষ্ঠমানীতং বশমাত্মনঃ ॥২০॥
নহি শক্যো রণে পার্থঃ সেন্দ্রৈর্দেবাসুরৈরপি। প্রত্যুদ্‌যাতুমতস্তাত। নৈতদামর্ষয়াম্যহম্ ॥২১॥
অসংশয়ং স মে শিষ্যো মৎপূর্ব্বশ্চাস্ত্রকর্ম্মনি। তরুণঃ সুকৃতৈর্যুক্ত একায়নগতশ্চ হ ॥২২॥
অস্ত্রাণীন্দ্রাচ্চ রুদ্রাচ্চ ভুয়ঃ স সমবাপ্তবান্। অমর্ষিতশ্চ তে রাজন্! ততো নামর্ষয়াম্যহম্ ॥২৩॥
স চাপক্রাম্যতাং যুদ্ধাদ্‌যেনোপায়েন শক্যতে। অপনীতে ততঃ পার্থে ধর্ম্মরাজো জিতস্ত্বয়া ॥২৪॥
গ্রহনে হি জয়স্তস্য ন বধে পুরুষর্ষভ!। এতেন চাপ্যুপায়েন গ্রহণং সমুপৈষ্যতি ॥২৫॥
অহং গৃহীত্বা রাজানং সত্যধর্ম্মপরায়ণম্। আনয়িষ্যামি তে রাজন্! বশমদ্য ন সংশয়ঃ ॥২৬॥
যদি স্থাস্যতি সংগ্রামে মুহূর্ত্তমপি মেঽগ্রতঃ। অপনীতে নরব্যাঘ্রে কুন্তীপুত্রে ধনঞ্জয়ে ॥২৭॥

(যুগ্মকম্)

ফাল্গুনস্য সমীপে তু নহি শক্যো যুধিষ্ঠিরঃ। গ্রহীতুং সমরে রাজন্! সেন্দ্রৈরপি সুরাসুরৈঃ ॥২৮॥

---

পুক্‌চেল অমদি য়াখল অসি খঙ্‌লহুনা, মরৌ লৈবা বর মপী অম পীখি ॥১৯॥ দ্রোণনা হায়:— নিংথৌ! মহাবীর ওইরবা অর্জ্জুননা করিগুম্বা যুধিষ্ঠিরবু চ্যোক্‌শিন্না মঙাকৃখিদ্রবদি, ঐ শোয়দনা যুধিষ্ঠির অদো, চঙ্‌কাকাহুনা নখা পোলহন্‌গেকো; মাসি শোয়দ্রবনি হায়না খল্লো ॥২০॥ মরম্‌দি ঈবুঙো, নিংথৌ! ইন্দ্রগা লোয়নবা লাইহিংচাবা শীংনসু অর্জ্জুনবু হাৎপা জয় তৌবা খক্ ঙম্মোই। অদুনা অর্জ্জুন উনা উনা, মাগী মমাঙ্‌দগী ঐনা যুধিষ্ঠিরবু কাহুনা পুরক্‌পা ঙম্মোই ॥২১॥ অর্জ্জুন হায়বসে, চুম্মি, ঐগীদি শিষ্যনি, ঐনা মাগী খুৎলায়গী গুরুনি। গুরুনা শিষ্যদগী হেন্না হৈকম্ কন্‌কম্ থোকই। মসিদা খক্ চিংনকম্ লৈতে। অদুদা দুর্য্যোধন! নিপা অসিনা ধর্ম্ম কায়দ্রবা, পুন্যচেল্লবা ময়াম্বা অসিবুদি য়াম্না চ্যোকশিন্না মথ্‌ৎই খুবাক্ত হাপতুনা কল্লখিনি ॥২২॥ অসিদি লায়রদনা অর্জ্জুন হায়ব নিপাসি ইন্দ্র অমদি রুদ্রদগী মথল্ মখা অয়াম্বা লাইগী খুৎলায়মক্ত কংগ্রবনি হৈখ্রবনি। অসিগী মথক্তা অসিগুম্বা অকন্‌বসিনা নহাকী নথক্তা থম্মোয়শোক্না শাউখ্রবনি মরম্ অদুনা মহাক্ লৈন। লৈনা মাগী মমাঙ্‌দগী যুধিষ্ঠিরবু ঐনা কাহুনা পুরক্‌পা ঙম্মোই ॥২২॥ অদুনা, ঐনা যুধিষ্ঠিরগা শোক্নরক্‌পা মতম্ অদুদা, নহাক্না, করিগুম্বা উপায় অমনা অর্জ্জুনবু ঐগী ঈনাক্তগী লাপথোক্‌খিনবা তৌ অর্জ্জুনবু পুথোক্‌খ্রবদি যুধিষ্ঠির অসি নহাকী নখা পোল্লবগুম্বনি হায়না খল্লে ॥২৪॥ নিপা অথোইবা! চুম্মি, যুধিষ্ঠিরবু কাব়বদি নহাক্না জয় ওইগনি, হাৎলবদি ওইরোই। ঐনা হায়রিবা উপায় অসি তৌরবতদা যুধিষ্ঠিরবু কাবা কংগনি ॥২৫॥ নিংথৌ কুন্তিগী মচা, নিপা অথোইবা, অর্জ্জুনবু কদায়দনো পুথোক্‌খ্রবদি, তাঞ্জাদদা যুধিষ্ঠিরবু কারবদি রাশক্‌চেৎলবা, ধর্ম্ম কায়দ্রবা মহাকপু নহাকী নখা পোল্‌হন্‌গে। মসিদা করিমত চিংনগনু ॥২৬-২৭॥ "নত্রবদি নিংথৌ! ইন্দ্রগা লোইনরবা লাইহিংচাবশিংনসু অর্জ্জুনগী মথুংতুগী যুধিষ্ঠিরবু কাওনা পুবা ঙম্মোইদৌবনি" ॥২৮॥

### সঞ্জয় উবাচ।

সান্তরস্ত প্রতিজ্ঞাতে রাজ্ঞো দ্রোণের নিগ্রহে। গৃহীতং তমমন্যন্ত তব পুত্রাঃ সুবালিশাঃ ॥২৯॥
পাণ্ডবেয়েষু সাপেক্ষং দ্রোণং জানাতি তে সুতঃ। ততঃ প্রতিজ্ঞাস্থৈর্য্যার্থং স মন্ত্রো বহুলীকৃতঃ ॥৩০॥
ততো দুর্য্যোধনেনাপি গ্রহণং পাণ্ডবস্য তৎ। সৈন্যস্থানেষু সর্ব্বেষু সুঘোষিতমরিন্দম। ॥৩১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
দ্রোণাভিষেকে দ্রোণবরদানে দশমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

সঞ্জয়না হায়ঃ —মহারাজ—। দ্রোণনা মতৌঅসুম্না মরৌলৈনা, কাক্ অম থমহুনা, যুধিষ্ঠিরবু কাগনি হায়না রাশক্রবদা, মহারাজগী পঙলবা নচাঈবুঙোশিংনা যুধিষ্ঠিরবু কারেদনা, জয় ওইরেদনা হায়না খন্‌খি ॥২৯॥ অহুদা মহারাজগী নচাঈবুঙোশিংনদি, মম্যাঙৈদগী দ্রোণবু মনুং মনুংদা পাণ্ডবশিংগী মীচঙ্ চঙবা মীশক্ অমনি হায়না খঙ্‌হুনা লৈরিবনি। অহুনা, দ্রোণনা রাশক অহুদগী চেনখিদনব হায়হুনা, অথুপ্পা রা অহুবু মখোয়না মপান্দা খ্বাইখঙনবা শন্দোক্‌খি ॥৩০॥ মহারাজ! অসিগী তুংদা, দুর্য্যোধননা—"যুধিষ্ঠিরবু ফারগনি হায়না দ্রোণনা রাশকৃখ্রে—রাশকৃখ্রে!" হায়হুনা লাম্মী পুম্নমকতা লাউথোকখি ॥৩১॥

মকম্ অসিদা, শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনালেংবা সংহিতাদা, দ্রোণপর্ব্বদা, দ্রোণাভিষেককী মনুংদা "দ্রোণবরদান"গী তরাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

# শ্রীমহাভারতম্

## একাদশোঽধ্যায়ঃ

### তরামাথোইশুবা অধ্যায়ঃ

( অর্জ্জুননা যুধিষ্ঠিরবু থেম্জিন্বা। )



### সঞ্জয় উবাচ।

ততস্তে সৈনিকাঃ শ্রুত্বা তং যুধিষ্ঠিরর নিগ্রহম্। সিংহনাদরবা শ্চক্রুর্বাণশঙ্খরবৈঃ সহ ॥১॥
তচ্চ সর্ব্বং যথান্যয়াং ধর্ম্মারাজেন ভারত।। আপ্তৈশ্চারৈঃ পরিজ্ঞাতং ভারদ্বাজচিকীর্ষিতম্ ॥২॥
ততঃ সর্ব্বান্ সামানায্য ভ্রাতৃ,নন্যাংশ্চ সর্ব্বশঃ। অব্রবীদ্ধর্ম্মরাজস্তু ধনঞ্জয়মিদং বচঃ ॥৩॥
শ্রুতং তে পুরুষব্যাঘ্র। দ্রোণস্যাস্য চিকীর্ষিতম্। যথা তন্ন ভবেৎ সত্যং তথা নীতির্বিধীতাম্ ॥৪॥
সান্তরং হি প্রতিজ্ঞাতং দ্রোণেনামিত্রর্ষণ।। তচ্চান্তরং মহেষ্বাস। ত্বয়ি তেন সমাহিতম্ ॥৫।
তত্ত্বমদ্য মহাবাহো। যুধ্যস্ব সদনন্তরম্। যথা দুর্য্যোধনঃ কামং নেমং দ্রোণাদরাপ্নুয়াৎ ॥৬॥

### অর্জ্জুন উবাচ।

যথা মে ন বধঃ কার্য্য আচার্য্যস্য কথঞ্চন তথা তব পরিত্যাগো ন মে রাজংশ্চিকর্ষিতঃ ॥৭॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ। কৌরবলাম্মী পূম্নমক্না যুধিষ্ঠির কাব তারে হায়বা পাউ মথং মথং তানরক্নুনা জয়ধ্বনি লাউবগা লোয়ন লোয়ননা পেরেশিন্না মোইবুং খোংগৎলক্লে সিংহনাদ লাউনরক্লে ॥১॥ অসোমদা যুধিষ্ঠিরস্থ পাউ মথং মথং হায়মরক্নুনা দ্রোণাচার্য্যনা তৌগে নীঙ্লিবা থবক অদু থওখরে ॥২॥ মতম্ অদুদা যুধিষ্ঠিরনা মনাওশিংদা অদুগা অতোপ অতোপ্প লাম্মীশিংদা য়া অসি খঙ্হনপ্রগা অর্জ্জুনদা অস্থুম্না হায়রকই ॥৩॥

ঈবুঙো। অকন্‌বা, অর্জ্জুন। ঙসি দ্রোণনা তৌগে হায়না খল্লিবা থবক অসি নহাক্ তারগিনিদনা? থবক অসি থোকখিদনবা নহাক্না অতোপ্প নীতি অমনা শীল্ল ॥৪॥ য়েক্লবা ওস্বা, অকন্‌বা, ঈয়াম্বগী ঈবুঙো, অর্জ্জুন। দ্রোণনা করিগুম্বা মরক্তা কাক অম থমদুনা মরৌ অম লৈনা, ঐবু কাগনা পীমি হায়না দুর্য্যোধনদা রাশকপ্রমাল্লে লৈরিব মরৌ অসে নংগী নথক্তনি, খঙ্‌ঙ্ ॥৫॥ "অদুনা অকনবা! ঙসিদি নহাক ঐগী ঈনাক্ত লৈদুনা, য়েক্লবশিংগা থেংনৌ। দ্রোণনা ঐবু কাগনা দুর্য্যোধনগী মথুক্তা পিরখিদনবা অসিত থোক্লবা তৌ" ॥৬॥ অর্জ্জুননা হায়ঃ—য়াম্বুং ঈবুঙো মহারাজ। গুরুদেব দ্রোণাচার্য্যবু হাৎপ হায়বসিদি ঐগোন্দদি য়ায়া চুমদবা থবক অমনি। অদুগা য়াম্বুংবু লাগকম অসিদা থাদোক্লবস্থ য়ায়া চুমদবা অমনি। মাদু ঐ পামজদে

অপ্যেব পাণ্ডব। প্রাণানুৎস্রক্ষ্যেয়মহং যুধি। প্রতীপো নাহমাচার্য্যে ত্বাং বা জহ্যাং কথঞ্চন ॥৮॥
ত্বাং নিগৃহ্যাহবে রাজন্! ধার্ত্তরাষ্ট্রো যমিচ্ছতি। ন স তং জীবলোকেঽস্মিন্ কামং প্রাপ্তা কথঞ্চন ॥৯॥
প্রপতেদ্দ্যৌঃ সনক্ষত্রা পৃথিবী শকলীভবেৎ। ন ত্বাং দ্রোণো নিগৃহ্নীয়াজ্জীবমানে ময়ি ধ্রুবম্ ॥১০॥
যদি তস্য রণে সাহ্যং কুরুতে বজ্রভৃৎ স্বয়ম্। বিষ্ণুর্বা সহিতো দেবৈর্ন ত্বাং প্রাপ্স্যত্যসৌ মৃধে ॥১১॥
ময়ি জীবতি রাজেন্দ্র! ন ভয়ং কর্ত্তুমর্হসি। দ্রোণাদস্ত্রভৃতাং শ্রেষ্ঠাৎ সর্ব্বশস্ত্রভৃতামপি ॥১২॥
অন্যচ্চ ব্রূয়াং রাজেন্দ্র! প্রতিজ্ঞা মম নিত্যদা। ন স্মরাম্যনৃতাং বাচং ন স্মরামি পরাজয়ম্।
ন স্মরামি প্রতিশ্রুত্য কিঞ্চিদপ্যনৃতম্ কৃতম্ ॥১৩॥

## সঞ্জয় উবাচ।

ততঃ শঙ্খাশ্চ ভের্য্যশ্চ মৃদঙ্গাশ্চানকৈঃ সহ। প্রাবাদ্যন্ত মহারাজ! পাণ্ডবানাং নিবেশনে ॥১৪॥
সিংহনাদশ্চ সংজজ্ঞে পাণ্ডবানাং মহাত্মনাম্। ধনুর্জ্যাতলশব্দশ্চ গগনস্পৃক্ সুভৈরবঃ ॥১৫॥

---

॥৭॥ য়াম্বুং মহারাজ! থরাই থাবা তারফাওবদা ঐ গুরুদ্রোণগী মকমদা নত্তবা হিংসাগী থবক করিমত তৌরম্মোই। অদুগা ঐ, থরাই থাগদবা লৈরকাওবদা, রেক্রবগী মথুত্তা য়াম্বুংনু হন্দোক্রম্বস্থু ঙম্মোই ॥৮॥ অহুনা য়াম্বুং নিংথৌ! ননাই লৈরিভৈদা দুর্য্যোধননা য়াম্বুংবু কাহুনা মখাপোলহন্নবগী হোৎনরিবসে, জগৎ অসিদা করিগুম্বদা ওইথোক্তবনি ॥৯॥

থা থরান্মিচাক নুমিৎনচিংব, গ্রহ পূম্নমক্কা লোয়নননা,
নোংমদোল্ল কিন্গে কিম্বরসনু, চেথায়গে চেথায়রসনু পৃথিবীনা,
অর্জ্জুনগী হকচাংদা মিহুল অমতং, হুল্লিবমখৈ কনাগুম্বনা
অর্জ্জুনগী খুত্তগী য়াম্বুংবু মুল্লরোই জগত্ত কনানা ॥১০॥
লাইয়াম্গ লোয়নননা ইন্দ্রনা, নত্রগ বিষ্ণু মশামক্তা
দ্রোণগী মতেং পাংলহুনস্থু, য়াম্বুংবু ফাররোই মহাক্ত ॥১১॥

মরম অহুনা, নিংথৌ অথোইবা, য়াম্বুং মহারাজ! থুৎলায় পায়বশিংগী মনুংদা অথোইবা নিপা অথোইবা দ্রোণনা ফাখিনি হায়বগী করিমত্ত মিপাইবিনু ॥১২॥

'সিমস্থ হংগৎকে য়াম্বুং নিংথৌ!, অর্জ্জুনগী রাশক্ত লেঙদ্রবনি
করম্ব নুমিত্ত অর্জ্জুনা মিনমখিবা, কৈদোঙৈ মায়থীব কংখিবা
অর্জ্জুন কোবা ঐহাক্তা, তৌগনি হায়না রাশকথবা
থবকপু তৌদনা তোকখিবা, নীঙ্শিংবা কংদ্রি ঐহাক্তা ॥১৩॥

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! অর্জ্জুনগী রাশক তাবদা পাণ্ডব লাম্মীশিংগী লালশংদা, পুংশেল যন্ত্র মোইবুংনাচিংবা পূম্নিন্ নিম্না, য়ৈনরক্লে খোংনরক্লে ॥১৪॥ মহাত্মা ওইরবা পাণ্ডবশিংগী লালশংদা, নোংমদোন্ পরু হৌরবা সিংহনাদগী অদুগা অকিবনা মশক ওইরবা লীরী

তং শ্রুত্বা শঙ্খনির্ঘোষং পাণ্ডবস্য মহৌজসঃ। ত্বদীয়েষ্বপ্যনীকেষু বাদিত্রাণ্যভিজঘ্নিরে ॥১৬॥
ততো ব্যূঢান্যনীকানি তব তেষাঞ্চ ভারত।। শনৈরুপেয়ুরন্যোন্যং যোৎস্যমানানি সংযুগে ॥১৭॥
ততঃ প্রববৃতে যুদ্ধং তুমুলং লোমহর্ষণম্। পাণ্ডবানাং কুরূণাঞ্চ দ্রোণপাঞ্চাল্যয়োরপি ॥১৮॥
যতমানাঃ প্রযত্নেন দ্রোণানীকবিনাশনে। ন শেকুঃ সৃঞ্জয়া যুদ্ধে তদ্ধি দ্রোণেন পালিতম্ ॥১৯॥
তথৈব তব পুত্রস্য রথোদারাঃ প্রহারিণঃ। ন শেকুঃ পাণ্ডবীং সেনাং পাল্যমানাং কিরীটিনা ॥২০॥
আস্তাং তে স্তিমিতে সেনে রক্ষ্যমাণে পরস্পরম্। সম্প্রসুপ্তে যথা নক্তং বনরাজ্যৌ সুপুষ্পিতে ॥২১॥
ততো রুক্মরথো রাজন্নর্কেণেব বিরাজতা। বরূথিনা বিনিষ্পত্য ব্যচরৎ পৃতনামুখে ॥২২॥
তমুদ্যন্তং রথেনৈকমাশুকারিণমাহবে। অনেকমিব সন্ত্রাসান্মেনিরে পাণ্ডুসৃঞ্জয়াঃ ॥২৩॥
তেন মুক্তা শরা ঘোরা বিচেরুঃ সর্বতোদিশম্। ত্রাসয়ন্তো মহারাজ! পাণ্ডবেয়স্য বাহিনীম্ ॥২৪॥
মধ্যন্দিনমনুপ্রাপ্তো গভস্তিশতসংবৃতঃ। যথা দৃশ্যেত ঘর্ম্মাংশুস্তথা দ্রোণোঽপ্যদৃশ্যত ॥২৫॥
ন চৈনং পাণ্ডবেয়ানাং কশ্চিচ্ছক্নোতি ভারত।। বীক্ষিতুং সমরে ক্রুদ্ধং মহেন্দ্রমিব দানবাঃ ॥২৬॥

---

থীঙবগী খোঞ্জেল্না, পূম্মিন্ নিন্‌খি ॥১৫॥ মহারাজ! তেঙ্গ কল্লবা পাণ্ডবশিংগী পক্ষদা পূংশেল্ল-মচিংবা খোংগৎনরকপসি তাবদ, মহারাজগী নচাঈবুঙোশিংগী কৌরবপক্ষদগীসু পূংশেল যন্ত্রগী মখোল তানরক্লে ॥১৬॥ ভরত শাগেগী অথোইবা! অসিগী মতুংদা কৌরবপাণ্ডবপক্ষ অনীমক্কী লান্মীশিংনা অমমমগা মুখামুখি ওইনা চঙশিন্নরক্লে ॥১৭॥ অসিগী তুংদ পাণ্ডবশিং অমদি কৌরবশিংগী অত্থুগা দ্রোণগা ধৃষ্টদ্যুম্নগা অনীগী অকন্‌বা লাঞ্জাও অহৌ হৌব্রে ॥১৮॥ সৃঞ্জয়শিংনা কনা য়াম্না হোৎনত্থনসু দ্রোণগী লান্মীশিংবু মাঙ্‌হনব অমদি মায়থিহনবা ঙমদ্রে! মরমদি, কৌরবলান্মীশিং অত্থুবু য়াম্না চেকশিন্না দ্রোণনা ঙাকশেন্দুনা থমখি ॥১৯॥ অতঙুম্নহন্না পাণ্ডবকী লান্মীশিংবু নচাঈবুঙোশিংনা লাকচবা অত্থুগা মায়থীহন্‌বা ঙমদ্রে। মরমদি পাণ্ডবলান্মীশিংবু অর্জ্জুননা ঙাক্‌শেন্দুনা চেকশিন্না থমখি ॥২০॥ অসিগীতুংদা, হৈনাহৈনা থল্লবা অমদি শাকায়বা মহৈ য়াল্লবা হৈ-লৈপাম্বীনাথল্লবা বন অনীনা অহিং অথেংবদা তুমিন্না লেঙদনা লৈমিন্নবা অত্থুঙুম্না কৌরব পাণ্ডবকী পক্ষ অনী আস, য়াম্না কন্ন ঙাকশেন্দুনা লৈনখিবনা, ঙহাক্তুংদ তুমিন্ন লেঙ্‌দনা লৈনখি ॥২১॥ অদুদগীদি ঙহাক লৈরগা দ্রোণাচার্য্যনা, নুমিৎকী মতোঙুম লংলবা, সনাগী রথ অমদা তোংখত্তুনা, কৌরব লান্মীশিংগী খ্বাইগী মাঙ্‌দা থোরক্তুনা লালকম্‌দা কোয়চৎ চৎখি ॥২২॥ দ্রোণনা হঙ্গৎ হন্দা থুনায়াঙনা রথ মথক্তা তোংদুনা লাল্‌কম্‌দা কোয়চৎ চৎলক্‌পা মতম্ অদুদা, পাণ্ডবশিং অমদি সৃঞ্জয়শিংনা কিবনা, অমত ওইবা দ্রোণবু মশীঙ লাক্‌ঙমদবা দ্রোণ ঙাক্তা ওইনা উখি ॥২৩॥ মহারাজ! দ্রোণগী লীরুংদগী পাইথোরকপা তেলমপৈমপৈনা পান্দুনা পাণ্ডব লান্মীপুম্বা পুমচাইচাইনা কায়থনা চেল্লি ॥২৪॥ মতম অদুদা, নুমিৎ চপ্‌ য়ুংবা মতমগী নুমিৎপু কনাঙুম্বা অমতনা ওন্‌খত্তুনা নীঙথিনা য়েংবা ঙম্‌দবা অদুঙুম্না পাণ্ডব লান্মীপুম্বনা দ্রোণলোমদা হঙ্গৎনা

মোহয়িত্বা ততঃ সৈন্যং ভারদ্বাজঃ প্রতাপবান্। ধৃষ্টদ্যুম্নবলং তূর্ণং ব্যধমন্নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥২৭॥
স দিশঃ সর্ব্বতো রুদ্ধ্বা সংবৃত্য খমজিহ্মগৈঃ। পার্ষতো যত্র তত্রৈব মমৃদে পাণ্ডুবাহিনীম্ ॥২৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিকাং দ্রোণপর্ব্বণি
দ্রোণাভিষেকে অর্জ্জুনকৃতযুধিষ্ঠিরাশ্বাসনে একাদশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

য়েংবা ঙমখিদে ॥২৬॥ অদুগী তুংদা, মতিকমগুণ চাউরবা দ্রোণনা পাণ্ডবলাম্নীশিংবু শুমহত্তনা থৌরবা তেলগী মপৈ মপৈ কাপশিল্লক্তুনা ধৃষ্টদ্যুম্নগী লাম্নীশিংবু মাঙনতাক্লবা তৌরক্লে ॥২৭॥ মহাক্না তেক্তনা নোংমদোন্পুম্ব পুমকুপ কুপহন্দনা, ধৃষ্টদ্যুম্ননা লৈরিবা মায়কৈদুগী লাম্নীপুম্ব নৈখাইবা হৌরক্লে ॥২৮॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, দ্রোণপর্ব্বদা দ্রোণাভিষেককী মনুংদা অর্জ্জুনকৃত যুধিষ্ঠিরাশ্বাসন" শী তরামাথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ

### তরানিথোইশুবা অধ্যায়

( অভিমন্যুগী মথৌনা )

—:( * ):—

সঞ্জয় উবাচ।

ততঃ স পাণ্ডবানীকে জনয়ন্ সুমহদ্ভয়ম্। ব্যচরৎ পৃতনাং দ্রোণো দহন্ কক্ষমিবানলঃ ॥১॥
নির্দ্দহন্তমনীকানি সাক্ষাদগ্নিমিবোত্থিতম্। দৃষ্ট্বা রুক্মরথং ক্রুদ্ধং সমকম্পন্ত সৃঞ্জয়াঃ ॥২॥
সততং ক্রুধ্যতঃ সংখ্যে ধনুষোঽস্যাশুকারিণঃ। জ্যাঘোষঃ শুশ্রুবেঽত্যর্থং বিস্ফূর্জিতামিবাশনেঃ ॥৩॥

---

**সঞ্জয়না হায় ঃ—** অসিগী তুংদা দ্রোণাচার্য্যনা পাণ্ডবলাম্নী পুম্বগী খপ্পোরদা অকিবা মিপাইবা পোক্হন্দুনা, লম্নৈনা কংলবা নাপী মপৈবু চাক্শিল্লকপগুম্না, পাণ্ডবলাম্নী মপৈবু চাক্থেক্পা হৌরক্লে ॥১॥ মৈরিকংনা চাক্লবা মৈগী মত্তৌগুম্নবা শাউরবা দ্রোণনা পাণ্ডবলাম্নীশিংবু নৈখাইরক্পদু উবদা সঞ্জয়লাম্নী পুম্নমক্ কিবনা থক্ থক্ নীক্নখি ॥২॥ অসিগী ক্রুদা থোইদোক্না শাউরবা,

রথিনঃ সাদিনশ্চৈব নাগানশ্বান্ পদাতিনঃ ।　রৌদ্রা হস্তবতা মুক্তাঃ সংমৃদ্নন্তি স্ম সায়কাঃ ॥৪॥
নানদ্যমানঃ পর্জন্যঃ সানিলঃ শুচিসংক্ষয়ে ।　অশ্মবর্ষমিবাবর্ষৎ পরেষামাবহদ্ভয়ম্ ॥৫॥
বিচরন্ স তদা রাজন্ ! সেনাঃ সংক্ষোভয়ন্ প্রভুঃ ।　বর্দ্ধয়ামাস সন্ত্রাসং শাত্রবাণামমানুষম্ ॥৬॥
তস্য বিদ্যুদিবাভ্রেষু চাপঃ হেমপরিষ্কৃতম্ ।　ভ্রাজমানঃ রথে তস্মিন্ দৃশ্যতে স্ম মহাভয়ম্ ॥৭॥
স বীরঃ সত্যবান্ প্রাজ্ঞো ধর্ম্মনিত্যঃ সদা পুনঃ ।　যুগান্তকালবদ্ঘোরাং রৌদ্রাং প্রাবর্ত্তয়ন্নদীম্ ॥৮॥
অমর্ষবেগপ্রভবাং ক্রব্যাদগণসঙ্কুলাম্ ।　বলৌঘৈঃ সর্ব্বতঃ পূর্ণাং ধ্বজবৃক্ষাপহারিণীম্ ॥৯॥
শোণিতোদাং রথাবর্ত্তাং হস্ত্যশ্বকৃতরোধসম্ ।　কবচোৎপলসংযুক্তাং মাংসপঙ্কসমাকুলাম্ ॥১০॥
মেদোমজ্জাস্থিসিকতামুষ্ণীষচয়ফেনিলাম্ ।　সংগ্রামজলদাপূর্ণাং প্রাসমৎস্যসমাকুলাম্ ॥১১॥

---

মখুৎ থুরবা দ্রোণগী লীরীখীভবা তেল্ কাপথোরক্পগী, বজ্রগা মান্নবা হৌরবা মখোল, লানক্মগী মক্ম্ খুদিংদা অতৎ অখম লৈতনা তাব ফংখি ॥৩॥ মখুৎ থুরবা য়াঙ্লবা দ্রোণনা কাপথোক্লংথোরক্পা খুৎলায় ময়াম্ অহুনা, পাণ্ডবপক্ষগী রথী, শগোল্তোংবা লান্মী খোঙমী অমদি শগোল শাগ্ কয়া কয়া নৈবা তৌরকলে ॥৪॥ নোংজু পান্থাগী নুংশিৎকা লোয়নবা নুরবা নোং মপৈ মপৈনা চাউরবা মরী অহুগা লেল্গী মপৈ মপৈবু চুথহল্লক্পহুগুম্না দ্রোণাচার্য্যনা মাগী লীরুংদগী তেল মপৈ-মপৈবু যেরুবা লান্মীশিংগী মথক্তা চুথহন্খি, য়েরুবশিংগী থম্মোয়দা অকিবা-মিপাইবা পোক্হন্খি ॥৫॥ মহারাজ ! খুৎলায় শিজিন্নবদ হৈশিংলবা, খুৎলায় মথল্ মথল্ হৈরবা দ্রোণনা য়েরুব লান্মীশিংবু হাৎচল্লক্পসি উবদা য়েরুবশিংগী থম্মোয়দ পোক্পা অকিবা মিপাইবগী মাত্রা অসি অমুম খর খর হেনগৎলক্লে ॥৬॥ নোংলক্তা নোংথাংনা তগুপ্ তরেংনা কুম্না অহগুম্না সনা হৎলবা দ্রোণগী লীরুং অহুবুস্থ নোংথাংগুম্না ঈরং লংনা রথ মনুংদা কুফেৎ কাফেৎ হাইদোক্ হাইজিন্ তৌহুনা লৈবহু ময়াম্না উনখি ॥৭॥ অহুগী তুংদা, কল্লবা, রাশক্চেৎলবা ধর্ম্মশাস্ত্র হৈরবা, খুৎলায়দা মপা লৈত্রবা দ্রোণনা লানক্ম্ অহুদা ঈতগী চাউরবা ইরৈ কল্লবা তুরেল্ অম চেম্হহন্খি ॥৮॥ নিংথৌ অথোইবা ! ঈগী তুরেল্ অহুগী ইপোম্দি অশাওবগী নুংশিংনা ফুইনা ফুইনা হৌহল্লম্মী । শাহিং চাবা জীব কয়া কম্মানা চাংজোঅনিমক্তা লেপ্লি । কোক্ ময়াম্না লুফেৎ লুফেৎ তাউবা লুপ্পগুম্না, লান্মী কয়া কয়াগী মশানা তাওরি লুপ্লি । তুরেন্না মাগী মপান্দা হৌবা উপান্বীশিংবু মরুমরা য়াওনা ফুকফুক্না চেম্হবা অহগুম্না ঈগী তুরেল্ অহুনা রাংচাউরবা উপান্বীগী মশক্ ওইরবা ফিরাল চৈথোক্ মপৈ মপৈবু চেম্হুনা পুরি ॥৯॥ ঈনা ঈশিং ওইরবা তুরেল্লি, রথনা ইরৈ ওইরবা ঈশিংনি । মপৈ মপৈ পৈথৎলক্পা শগোল শামুগী কক্চাংনা, চাংজো ওইরবা তুরেল্লি । তুরেন্দা তাউবা নুং মচেৎ মচেৎনা, লানগী কুরিৎ মচেৎ মচেৎনা ওইখিদো ! হকচাং মহাউ মতোং খোয়রী নাউরীতনা লৈখোম থোক্রবা ঈগী তুরেল্লি ॥১০॥ তুরেল্ অহুগী তোর্বান্গী লৈঙোই মপৈদি, লুতোং মচেৎ মচেৎ, শরু ভারগী মপৈ মপৈনা

নরনাগাশ্বকলিলাং শরবেগৌঘবাহিনীম্ । শরীরদারুসংঘট্টাং রথকচ্ছপসঙ্কুলাম্ ॥১২॥
উত্তমাঙ্গৈঃ পঙ্কজিনীং নিস্ত্রিংশঝষসঙ্কুলাম্ । রথনাগহ্রদোপেতাং নানাভরণভূষিতাম্ ॥১৩॥
মহারথশতাবর্ত্তাং ভূমিরেণুর্ম্মিমালিনীম্ । মহাবীর্য্যবতাং সংখ্যে সুতরাং ভীরুদুস্তরাম্ ॥১৪॥
শরীরশতসংবাধাং গৃধ্রকঙ্কনিষেবিতাম্ । মহারথসহস্রাণি নয়ন্তীং যমসাদনম্ ॥১৫॥
শূলব্যালসমাকীর্ণাং প্রাণিবাজিনিষেবিতাম্ । ছিন্নচ্ছত্রমহাহংসাং মুকুটাণ্ডজসেবিতাম্ ॥১৬॥
চক্রকূর্ম্মাং গদানক্রাং শরক্ষুদ্রঝষাকুলাম্ । বকগৃধ্রসৃগালানাং ঘোরসংঘৈনিষেবিতাম্ ॥১৭॥
নিহতান্ প্রাণিনঃ সংখ্যে দ্রোণেন বলিনা রণে । বহন্তীং পিতৃলোকায় শতশো রাজসত্তম ! ॥১৮॥

ওইখি। কোঙ্গোল্লা, কোয়েৎ-লুহুপ্‌শিং অমদি মাহুনা থেৎপা হৎপা মণিমুক্তাশিং অহুনা ওই। ঈগী তুরেল অহুগী ঈশিংবু রাত্তনবা হুন্‌বদি লাঞ্জাওশিংগী মশক্ ওইরবা নোংগী মপৈ মপৈনা ওইরি। ঈগী তুরেন্দা তাউরিবা ঙাদি থাঙ্, তা, লীরুং, তেল্ মতেক্ মতেক্‌শিং অহুনা ওইরি ॥১১॥ তুরেল্ অহুদা মী শামু শগোল্‌গী হক্‌চাং মপৈ মপৈ তাউথরি। তেল্‌গী মপৈ মপৈনা, তুরেল্ অহুগী তত্তুনা চেন্থরক্‌পা ঈরৈ ঈচেল্ মচা মচা ওইরি। তোর্বান্দা পৈখৎ পৈখত্তুনা লৈরিবা হক্‌চাং ময়াম্না, ঈগী তুরেল্ অহুগী হিদেল্ তাকম্-ঘাট ওইরি। রথ মপৈ মপৈনা খেঙ্গু ওইরি ॥১২॥ লাম্মীশিংগী নীঙ্থিরবা মায়খোং পুরিবা কোক্কী মপৈ মপৈনা, ঈগী তুরেল্ অহুদা ফুগাইনা শাৎপা খম্বাল্ ওইরি। মরক্ মরক্ অহুদা থাঙ্শাংশিংনা, ঈশিংদা শাম্নবা ঙা ওইরি। রথ অমদি শামুশিং অহুনা পাংকা লোয়নরবা ঈথং মচা মচা ওইরি। অহুনা ঈগী তুরেল্ অহু, তুরেল্ অমগী হৌনবা মচাক্-লৈতেং পুম্বনা লৈতেংলি ॥১৩॥ তুরেল্ অহুদা রাং চাউরবা রথশিংনা ঈথক্ ঈপোম্ ওই; লাম্মীশিংগী মখোঙদগী হৌরক্‌পা উফুল মপৈনা লৈচান্ মরক্তা হৌবা ঈথক্ মচা মচা ওইরি। অকন্‌বা মরিল্ লৈবশিংনা তুরেল্ অহু লাল্লান্দুনা চৎখি, পাঙদবা অকিবশিংগী মক্মদদি লাল্ঙম্‌দবা তুরেল্নি ॥১৪॥ তুরেল অহুদা শগোল্‌শামু মীগী অশিবা হক্‌চাং মপৈ মপৈ তাউথরি। লাঙজা কাক্, লমহুই ময়াম্না তাম্নহুনা ঈ-নাই-শদুম্ চা-থক্কদবগী খোংল খোংলহুনা কোয়চেল চেল্লি। মহারথী চাম চামনা তুরেল অহুদা তাউথখিহুনা যমালয়গী মশক্ ওইরবা ঈপাক্তা তিন্থ্রি ॥১৫॥ শিল্‌গী মশক্ ওইরবা তাগী মপৈনা কোয়তাউ তাউরি, মরক্ অহুদা শিত্রিবা শগোল কয়ানা পুথহুনা লুপখি। ঙৌর ঙৌরবা ছত্র ( পে ) গী মতেক্ মতেক্না ঙৌরবা ঙানু কাংঙা ওইনা তুরেল অহুদা তাউহুনা শান্নরি। কোয়েৎ লুহুপ্ মপৈ মপৈনা, তুরেল অহুগী মথক্তা কাতু কারল্ পাইবা উচেক্‌শিং ওইরি ॥১৬॥ তুরেল্ অহুদা তাউখত্তুনা লুপ্তুনা শান্নরিবা খেঙ্গুশিংদি রথগী চাকা মতেক্ মতেক্‌শিং অহনা ওইরি। গদা অয়াম্ অহনা ঈশিংদা লৈবা মঙং মঙংগী জলজন্তু ওইরি। তেল্ মচা মতেক্ মতেক্‌শিং অহুনা ঙা মচা-মচা ওইরি। অহুম্বা ঈগী তুরেল অহুগী মপাল্‌দ অমদি মনুংদা অকিবগী মশক্

শরীরশতসংবাধাং কেশশৈবলশাদ্বলাম্। নদীং প্রাবর্ত্তয়দ্রাজন্! ভীরূণাং ভয়বর্দ্ধিনীম্ ॥১৯॥
( কুলকম্ )

তং জয়ন্তমনীকানি তানি তানি মহারথম্। সর্বতোঽভ্যদ্রবন্ দ্রোণং যুধিষ্ঠিরপুরোগমাঃ ॥২০॥
তানভিদ্রবতঃ শূরাংস্তাবকা দৃঢ়বিক্রমাঃ। সর্ব্বতঃ প্রত্যগৃহ্ণন্ত তদভূদ্রোমহর্ষণম্ ॥২১॥
শতমায়স্তু শকুনিঃ সহদেবং সমাদ্রবৎ। সনিয়ন্তৃধ্বজরথং বিব্যাধ নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥২২॥
তস্য মাদ্রীসুতঃ কেতুং ধনুঃ সূতং হয়ানপি। নাতিক্রুদ্ধঃ শরৈশ্ছিত্ত্বা ষষ্ট্যা বিব্যাধ সৌবলম্ ॥২৩॥
সৌবলস্তু গদাং গৃহ্য প্রচস্কন্দ রথোত্তমাৎ। স তস্য গদয়া রাজন্! রথাৎ সূতমপাতয়ৎ ॥২৪॥
ততস্তৌ বিরথৌ রাজন্। গদাহস্তৌ মহাবলৌ। চিক্রীড়তু রণে শূরৌ সশৃঙ্গাবিব পর্বতৌ ॥২৫॥
দ্রোণঃ পাঞ্চালরাজানং বিদ্ধা দশভিরাশুগৈঃ। বহুভিস্তাংশ্চ সমরে সমং বিব্যাধ সায়কৈঃ ॥২৬॥
বিবিংশতিং ভীমসেনো বিংশত্যা নিশিতৈঃ শরৈঃ। বিদ্ধা নাকম্পয়দ্বীরস্তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥২৭॥

---

ওইরবা উরোক্, লাঙ্‌জা, লমহুই মপৈ-মপৈনা কোয়চৎ চৎলি ॥১৭॥ দ্রোণনা য়েক্রবশিংবু হাৎলকৃপদা চেস্থরিবা তুরেল অহুনা, শিরিবা লান্মীশিং অহুগী প্রেত্তলোক (পিতৃলোক) য়োথিনবগী অপন্‌বা লৈত্রবা লম্বী ওইখ্রে। অশিব হকচাং চাম-চামনা খুজীং ওইহুনা তাউথয়কৃপনা ক্রক্ ক্রক্ ঈগ্নখিহুনা তুরেল অহু পুমথন্ থন্‌খ্রে। ঈচেল লেপখ্রে ॥১৮॥ কোক্কী শম ময়াম্ অহুনা, তুরেলহুদা হৌরিবা—তাউরিবা চরাং-ঈশংনচিংবা ওইখ্রে। অহুনা ডাঙ্‌লবা তুরেল অহু অমুক্ ঈমুমুখ্রে-ঈশংশংখ্রে। তুরেল অহুগী মশক্ উবতদা কিগন্‌বা-মিপাইগন্‌বা লান্মীশিংগীদি থম্মোয়দা অকিবগী মাত্রানা অসুম্‌সুম্ হেন্‌গৎখি। অসিগুম্বা তুরেল অসি দ্রোণনা লাল্‌কম্ পুথোখিবনি ॥১৯॥ মহারথী দ্রোণনা মতৌ অসুম্না পাণ্ডবলান্মীশিংগী মাঙ্‌নতাক্লব তৌরকৃপা মত অসিদা যুধিষ্ঠিরনচিংবা পাণ্ডবশিংনা দ্রোণলোম্‌দা কম্ম চেন্‌শিল্লকৃই থৌজিল্লকৃই ॥২০॥ পাণ্ডবশিংনা চেল্‌শিল্লকৃপসিদা, কম্মোরবা কৌরব লান্মী মপৈনা মখোয়গী মায়োক্ য়াখি। মতম অহুদা শোরুখিবা লাল্ অহু উবদা তুজুংবা অকিবা পোকই ॥২১॥ মায়াগী লাল্ হৈরবা শকুনিনা সহদেব তম্না চেল্‌শিল্লি। থৌর থৌরবা তেম্না সহদেবগী রথ, সারথি, ফিরান্দা কম্না কম্না থাখি-থিন্‌গাইখি ॥২২॥ মতম্ অহুদা সহদেবসু য়াম্না শাউখিহুনা থৌর-থৌরবা তেম্না শকুনিগী রথগী ফিরাল্, লীরুং, সারথি অহুগা শগোল্‌শিংবুসু ককৎখিহুনা, তেল হুম্ঙ্না শকুনিদা থাখি ॥২৩॥ মহারাজ! মতম অহুদা শকুনিনা গদা অম পাইখত্তুনা, রথদগী চোংথহুনা হোঙ্ছিনখিহুনা গদা অহুনা থাহুনা, সহদেবগী সারথিবু লৈমায়থক্তা তুহন্‌খি ॥২৪॥ মতম্ অহুদা কল্লবা, গদাপায়বা শকুনিগা সহদেবগা অনি অসি, চীঙদোল্ রাংলবা তুম্নবা চীঙজাও অনিগী ম তৌগুম্ লাল্‌কম্‌দা কুম্মৈগুম্ কম্না থেংনবা হৌখ্রে ॥২৫॥ অময়োম্‌দা দ্রোণাচার্য্যনা, তেল তরানা দ্রুপদদা থারগা, মহাক্কী অতোপ অতোপ্পা লান্মীশিংসু থৌর থৌরবা তেম্ন থাখি ॥২৬॥ অময়োদা কম্মোরবা ভীমসেননা, থৌরবা তেল কুম্না বিবিংশতিদা থাইদি হায়ববু,

বিবিংশতিশ্চ সহসা বাণ্যস্তু তশরাসনম্ । ভীমং চক্রে মহারাজ ! ততঃ সৈন্যাক্সপূজয়ন্ ॥২৮॥
স তন্ন মমৃষে বীরঃ শত্রোর্বিক্রমমাহবে । ততোঽস্য গদয়া হয়ান্ দান্তান্ সর্ব্বানপাতয়ৎ ॥২৯॥
হতাশ্বাৎ স রথাদ্রাজন্ ! গৃহ্য চর্ম্ম মহাবলঃ । অভ্যায়াদ্ভীমসেনন্তু মত্তো মত্তমিব দ্বিপম্ ॥৩০॥
শল্যস্তু নকুলং বীরঃ স্বস্রীয়ং প্রিয়মাত্মনঃ । বিব্যাধ প্রহসন্ বাণৈর্লালয়ন্ কোপয়ন্নিব ॥৩১॥
তস্যাশ্বানাতপত্রঞ্চ ধ্বজং সূতমথো ধনুঃ । নিপাত্য নকুলঃ সংখ্যে শঙ্খং দধ্মৌ প্রতাপবান্ ॥৩২॥
ধৃষ্টকেতুঃ কৃপেণাস্তাংশ্ছিত্ত্বা বহুবিধান্ শরান্ । কৃপং বিব্যাধ সপ্তত্যা ধ্বজঞ্চাস্য ত্রিভিঃ শরৈঃ ॥৩৩॥
তং কৃপঃ শরবর্ষেণ মহতা সমবারয়ৎ । বিব্যাধ চ রণে বিপ্রো ধৃষ্টকেতুমমর্ষণম্ ॥৩৪॥
সাত্যকিঃ কৃতবর্ম্মাণং নারাচেন স্তনান্তরে । বিদ্ধা বিব্যাধ সপ্তত্যা পুনরন্যৈঃ স্ময়ন্নিব ॥৩৫॥
তং ভোজঃ সপ্তসপ্তত্যা বিদ্ধা সুনিশিতৈঃ শরৈঃ । নাকম্পয়ত শৈনেয়ং শীঘ্রো বায়ুরিবাচলম্ ॥৩৬॥
সেনাপতিঃ সুশর্ম্মাণং ভৃশং মর্ম্মস্বতাড়য়ৎ । স চাপি তং তোমরেণ জত্রুদেশেঽভ্যতাড়য়ৎ ॥৩৭॥

---

মহাকপু লেঙহন্‌বা মায়থীহন্‌বা ঙমখিদে। মসিমক্‌স্ন থোদোক অমনি ॥২৭॥ মহারাজ! মতম্ অদুদা বিবিংশতিনা ভীমসেনগী শগোল অমদি লীরুংবু ককতুনা থাদখি, অদুগা সারথিবু লৈমায়থক্ত তুহন্‌খি। বিবিংশতিগী মথৌনা অমদি মহৈবু কৌরব লান্মীপুম্বনা থাগৎনখি ॥২৮॥ মতম্ অদুদা ভীমসেনসি য়েক্লবগী পাঙ্গল থৌনা অদুবু অমুক্ খাঙ্‌বা ঙম্‌খিদ্রে। মাহুদগী ঙহাক্ লৈরগা শাউরবা ভীমসেননা চোংশিনখিত্তনা মাগী গদা অদুনা বিবিংশতিগী শগোল অদু থাদুনা হাৎতোক্‌খি ॥২৯॥ মহারাজ! মতম্ অদুদা কল্লবা বিবিংশতি অসি, থাঙ্-চুঙ্গোয় পায়দুনা, শগোল্ য়াওদ্রবা রথ অদুদগী ফল্ হেক চোংথদুনা, ময়ায় কারবা শামু অমনা মচুম্ তারবা শামু অমগী নাক্ত চোংশিন্‌খিবগুম্ ভীমসেন তম্না চেন্‌শিন্‌খি ॥৩০॥

কল্লবা শল্যনা শান্নবগুম্ নোক্না নোক্না, নকুলবু লঙ্‌নবগুম্ শাউগৎহন্দুনা, মচন্ন পোক্‌পা মুংশিরবা নকুলদা তেন্না থাখি ॥৩১॥ মতম্, কল্লবা নকুলনা লানফম্ অদুদা, শল্য নিংথৌগী শগোল, ফিরাল্, সারথি অদুগা লীরুংস্থ অমুক্তদা ককথৎখি ॥৩২॥ অমরোমদা, ধৃষ্টকেতুনা কাপ্‌থোরক্‌পা তেল্ মপৈ অদুনা, কৃপাচার্য্যগী তেল্ ময়াম্ অদুবু ককথত্তুনা, তেল্ হুম্ফুতরানা কৃপদা থাখি, অদুম অমনা মাগী ফিরাল্ অদু ককথত্তুনা থাদখি ॥৩৩॥ অদুদগীদি কৃপাচার্য্যনা, তেন্না নোংচুবগুম্ হৈথক্‌রক্তুনা, ধৃষ্টকেতুদু থিংখি। ব্রাহ্মণ ওইরবা কল্লবা কৃপনা, খাঙ্‌হৈদ্রবা ধৃষ্টকেতুদা তেল্ন থুম্ন-থুম্নস্থ থারক্‌লে ॥৩৪॥ আসোম্‌দা, সাত্যকিনা থৌরবা য়েন্থ্রুম্ মচীন্ শাবা তেল্ অমনা কৃতবর্ম্মাগী মথবাক্ত থারগা, অদুগী তুংদা অমুক্ নোক্‌মি নোক্‌মি তৌনা তেল্ হুম্ফ্‌তরানা কৃতবর্ম্মাদা থাখি ॥৩৫॥ মতম্ অদুদা কৃতবর্ম্মাস্থ তেল্ হুম্ফ্‌তরাতরেৎনা সাত্যকিদা থাইদি হায়ববু, শাফু কল্লবা য়াঙলবা মুংশিংকী ইপোম্‌না চীঙবু লেঙ্‌হন্‌বা ঙম্‌দবহ্রগুম্না, সাত্যকিবু খোঙ্‌কম্ নামত ফাও লেঙ্‌হন্‌বা ঙম্‌খিদে ॥৩৬॥ মায়কৈ অমরোম্‌দা

বৈকর্ত্তনস্ত সমরে বিরাটঃ প্রত্যবারয়ৎ। সহ মৎস্যৈর্মহাবীরৈস্তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৩৮॥
তৎ পৌরুষমভূত্তত্র সূতপুত্রস্য দারুণম্। যৎ সৈন্যং বারয়ামাস শরৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ ॥৩৯॥
দ্রুপদস্তু স্বয়ং রাজা ভগদত্তেন সঙ্গতঃ। তয়োর্যুদ্ধং মহারাজ! চিত্ররূপমিবাভবৎ ॥৪০॥
ভগদত্তস্তু রাজানং দ্রুপদং নতপর্ব্বভিঃ। সনিয়ন্তৃধ্বজরথং বিব্যাধ পুরুষর্ষভঃ ॥৪১॥
দ্রুপদস্তু ততঃ ক্রুদ্ধো ভগদত্তং মহারথম্ আজঘানোরসি ক্ষিপ্রং শরেণানতপর্ব্বণা ॥৪২॥
যুদ্ধং যোধবরৌ লোকে সৌমদত্তিশিখণ্ডিনৌ। ভূতানাং ত্রাসজননং চক্রাতেঽস্ত্রবিশারদৌ ॥৪৩॥
ভূরিশ্রবা রণে রাজন্! যাজ্ঞসেনিং মহারথম্। মহতা সায়কৌঘেন ছাদয়ামাস বীর্য্যবান্ ॥৪৪॥
শিখণ্ডী তু ততঃ ক্রুদ্ধঃ সৌমদত্তিং বিশাংপতে!। নবত্যা সায়কানাস্তু কম্পয়ামাস ভারত! ॥৪৫॥
রাক্ষসৌ রৌদ্রকর্ম্মাণৌ হৈড়িম্বালম্বুষাবুভৌ। চক্রাতেঽত্যদ্ভুতং যুদ্ধং পরস্পরজয়ৈষিণৌ ॥৪৬॥
মায়াশতসৃজৌ দৃপ্তৌ মায়াভিরিতরেতরম্। অন্তর্হিতৌ চেরতুস্তৌ ভৃশং বিস্ময়কারিণৌ ॥৪৭॥
চেকিতানোঽনুবিন্দেন যুযুধে চাতিভৈরবম্। যথা দেবাসুরে যুদ্ধে বলশক্রৌ মহাবলৌ ॥৪৮॥

ধৃষ্টদ্যুম্ননা সুশর্ম্মাগী থজীন্দা থীনা থাখি। অদুদগী সুশর্ম্মাসু য়োছুক্ মান্ব খোরবা তেল্ অমনা, ধৃষ্টদ্যুম্নগী লেংবানগী শরদা কন্না থাখি ॥৩৭॥ অমরোমদা, বিরাট নিথৌনা মৎস্যদেশগী লান্মী খিবিক্কা লোয়নননা, কর্ণবু থিংহনা থম্খি। মহুমকসু অঙকপা থোদোক অমনি ॥৩৮॥ মতম্ অদুদা কর্ণগী মতীক মগুণ মথৌনা অদু য়েংবদা অকিবা অঙকপগী মশক্নি। মরম্দি কর্ণ মশা মথন্তনা, অদুক্ য়াম্বা মৎস্যদেশগী লান্মীশিং অদুগা কন্না থেংনহনা থিংহনা থম্খি ॥৩৯॥ মহারাজ! দ্রুপদ নিংথৌগা ভগদত্তগা কন্না থেংনখি। মতম্ অসিদা মথোয়শিং অসিগী লাল্ অসি য়েংবদা অঙ্কপা অকিবগী মশক্নি ॥৪০॥ নিপা অথোইবা, কন্নবা ভগদত্তনা, থোর থোরবা তেল্গী মপৈনা, সারথি, রথ, ফিরান্দা অদুগা দ্রুপদ নিংথৌমক্ত অতৎ অথম্ লৈত্তনা থাজিল্লি ॥৪১॥ মাদুদগীদি শাউরবা দ্রুপদ নিংথৌসু থোরবা তেল অম শত্তূনা ভগদত্তগী মথবাক্ত কন্না থাখি ॥৪২॥ মায়কৈ অমরোদা জগত্তা খুৎলায় হৈবনি, লাল্ হৈবনি হায়না কাওরবা ভূরিশ্রবা অমদি শিখণ্ডী অনি অসি মুখামুখি ওইনা অউবশিংদা অকিবফংনা থেংনখি ॥৪৩॥ মহারাজ। কন্নবা ভূরিশ্রবনা তেলগী মপৈনা শিখণ্ডীগী মশাপুম্বা পুম্কুপ্ কুপ্খি ॥৪৪॥ ভরত শাগৈগী নুংঙাইনবগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ! অসিগী তুংদা শিখণ্ডীনা থোইদোক্না শাউনা তেল মরিফূতরান ভূরিশ্রববু থক্ থক্ নিক্না খাওহন্খি ॥৪৫॥ অমরোমদা রাক্ষস ওইনা পোক্লবা ভীমগী মচা, ঘটোৎকচগা অলম্বুষগা অনীনা অঙকপা অকিবফংনা থেংনখি ॥৪৬॥ ময়ায় কাব্রবা নাপল চাউরবা ঘটোৎকচগা অলম্বুষগা রাক্ষস অনী অসি অঙম্ অঙম্বা মায়া পুথোক্লহনা অমনা অমবু ওম্গনি-হাৎকনি হায়না আশা তৌনহনা, অমুক্ মুক্ মশক্ উহন্দনা, অমুক্ মুক্ মশক্ তোঙাল তোঙাল্ পুথোক্লহনা শোক্লবা হৌরকলে ॥৪৭॥ লাই হিংচাবগী লান্দা

লক্ষ্মণঃ ক্ষত্রদেবেন বিমর্দ্দমকরোদ্ভূশম্ । যথা বিষ্ণুঃ পুরা রাজন। হিরণ্যাক্ষেণ সংযুগে ॥৪৯॥
ততঃ প্রজবিতাশ্বেন বিধিবৎ কল্পিতেন চ। রথেনাভ্যদ্রবদ্রাজন্ । সৌভদ্রং পৌরবো নদন্ ॥৫০॥
ততোঽভ্যায়াৎ স ত্বরিতো যুদ্ধাকাঙ্ক্ষী মহাবলঃ। তেন চক্রে মহদ্যুদ্ধমভিমন্যুররিন্দমঃ ॥৫১॥
পৌরবস্ত্বথ সৌভদ্রং শরব্রাতৈরবাকিরৎ। তস্যার্জ্জুনির্ধ্বজং ছত্রং ধনুশ্চোর্ব্ব্যামপাতয়ৎ ॥৫২॥
সৌভদ্রঃ পৌরবং ত্বন্যৈর্বিদ্ধা সপ্তভিরাশুগৈঃ। পঞ্চভিস্তস্য বিব্যাধ হয়ান্ সূতঞ্চ সায়কৈঃ ॥৫৩॥
ততঃ সংহর্ষয়ন্ সেনাং সিংহবদ্বিনদন্ মুহুঃ। সমাদত্তার্জ্জুনিস্তূর্ণং পৌরবান্তকরং শরম্ ॥৫৪॥
তন্তু সন্ধিতমাজ্ঞায় সায়কং ঘোরদর্শনম্। দ্বাভ্যাং শরাভ্যাং হার্দ্দিক্যশ্চিচ্ছেদ সশরং ধনুঃ ॥৫৫॥
তদুৎসৃজ্য ধনুশ্ছিন্নং সৌভদ্রঃ পরবীরহা। উদ্ববর্হ সিতং খড়্গমাদদানঃ শরাবরম্ ॥৫৬॥
স তেনানেকতারেণ চর্ম্মণা কৃতহস্তবৎ। ভ্রান্তাসির্ব্যচরম্মার্গান্ দর্শয়ন্ বীর্য্যমাত্মনঃ ॥৫৭॥
ভ্রামিতং পুনরুদ্ভ্রান্তমাধূতং পুনরুত্থিতম্ । চর্ম্মনিস্ত্রিংশয়ো রাজন্। নির্বিশেষমদৃশ্যত ॥৫৮॥

---

ইন্দ্রগা বলাস্নরগা থেংনখিবদুগুম্না, চেকিতানগা অনুবিন্দগা অনীনা থেংনখি ॥৪৮॥ মহারাজ। মমাঙৈদা বিষ্ণুগা হিরণ্যাক্ষগা শোরুখিবদুগুম্না, লক্ষ্মণগা ক্ষত্রদেবগা অনীস্নু অঙকৃপা অকিবঙ্কংনা থেংনখি ॥৪৯॥ মহারাজ! অমরোমদা, য়াঙ্লবা হৈরবা শগোলনচিংবা, লালগী মপোংনা থম্ম হাপ্লবা রথ অমদা তোংখত্নুনা, পুরুবংশগী কল্লবা বৃহদ্বলনা, সিংহনাদ লাউ লাউরদুনা অভিমন্যু-য়োম্দা চেনশিনখি ॥৫০॥ মতম্ অদুদা থোইদোক্ন মপাঙ্গল কল্লবা, বৃহদ্বলনা, কন্ন মথেংনরগে হায়না খন্দুনা, লালকম্দা চোংথোরকৃপা মতম্সিদা, য়েক্লবঙম্বা কল্লবা অভিমন্যুনা মাগ মায়োক্ য়াদুনা কন্না শোক্লখি ॥৫১॥ তেলগী মপৈতনা, বৃহদ্বলগী মশা পুমকৃপ্ কৃপ্খে। মতম অদুদা শাউরবা অভিমন্যুনা খোরবা তেল্ তরেৎ কাপ্লক্তুনা বৃহদ্বলদা থারগা, তেল্ মঙা অমনা অমুক্ বৃহদ্বলগী শগোলগা সারথিগদা কন্না থাখি ॥৫৩॥ অদুদগী অমুক্, অভিমন্যুনা, সিংহনাদ হন্ন হন্ন লাউদুনা, মহাক্না লান্মী ময়ামগী পুক্নীং নুঙাইহন্দুনা, বৃহদ্বলগী মথ্বাই চুপ্প য়াববা থোরবা তেল্ অম পায়খৎখি ॥৫৪॥ অকিবগী মশক ওইরবা থুংলায় অম, অভিমন্যুনা পায়খৎখিবসি লাপ্পা উবদা, কৃতবর্ম্মানা নারোন্দগী থোরবা তেল্ অনি কাপ্শিল্লক্নুনা, অভিমন্যুগী তেল্ অদুবু অদুগা লীরুং অদুবুস্নু কক্থত্নুনা থাদখি ॥৫৫॥ মতম্ অদুদা য়েক্লবঙম্বা অভিমন্যুনা অত্তেকৃপা লীরুং অদুবু লংথোক্খিদুনা, লংলবা ভৌরুনরবা, থোরবা থাঙশাংগা চুঙ্গোয়গা পায়খৎখি ॥৫৬॥ মশাগী হৈশিংবা অভিমন্যুনা মপাঙ্গল মথৌনা উত্নুনা, মথুং লোয়রবা মীত্রংগী বিদ্যা হৈরবা অমনা তৌবগুম্, সনালুপানা থরানমিচাক্ হৎলবা-য়েক্লবা চুঙোয়গা লোয়ননা, থাঙগী জগোই শাদুনা মশাপুম্বা থাঙনা পুম্মোম্ য়োমদুনা, লালকম্দা হঙৎ হন্দা কোয়চৎ চৎখি ॥৫৭॥ মহারাজ! অভিমন্যুনা করম্বা মতম্দা থাঙ্ অদু মথারোমদা হাইথখিবা, করম্বা মতম্দা, মথক্ লোম্দা হাইগৎখিবা অদুগা করম্বা মতম্দা নাকললোমদা লৈন হৈনা হাইরকৃপা — অসি পুম্বা

স পৌরবরথস্যেষামাপ্লুত্য সহসা নদন্। পৌরবং রথমাস্থায় কেশপক্ষে পরামৃশৎ ॥৫৯॥
জঘানাস্য পদা সূতমসিনাপাতয়দ্ধ্বজম্। বিক্ষোভ্যাম্ভোনিধিং তার্ক্ষ্যো ভুজঙ্গমিব চাক্ষিপৎ ॥৬০॥
তমাগলিতকেশান্তং দদৃশুঃ সর্বপার্থিবাঃ। উক্ষাণমিব সিংহেন পাত্যমানমচেতসম্ ॥৬১॥
তমার্জ্জুনিবশং প্রাপ্তং কৃষ্যমাণমনাথবৎ। পৌরবং পাতিতং দৃষ্ট্বা নামৃষ্যত জয়দ্রথঃ ॥৬২॥
স বর্হিবর্হাবততং কিঙ্কিণীশতজালবৎ। চর্ম্ম চাদায় খড়্গঞ্চ নদন্ পর্য্যপতদ্রথাৎ ॥৬৩॥
ততঃ সৈন্ধবমালোক্য কার্ষ্ণিরুৎসৃজ্য পৌরবম্। উৎপপাত রথাত্তূর্ণং শ্যেনবন্নিপপাত চ ॥৬৪॥
প্রাস-পট্টিশ-নিস্ত্রিংশান্ শত্রুভিঃ সম্প্রচোদিতান্। চিচ্ছেদ চাসিনা কার্ষ্ণিশ্চর্ম্মণা সংরুরোধ চ ॥৬৫॥
স দর্শয়িত্বা সৈন্যানাং স্ববাহুবলমাত্মনঃ। তমুদ্যম্য মহাখড়্গং চর্ম্ম চাথ পুনর্বলী ॥৬৬॥
বৃদ্ধক্ষত্রস্য দায়াদং পিতুরত্যন্তবৈরিণম্। সসারাভিমুখঃ শূরঃ শার্দ্দূল ইব কুঞ্জরম্ ॥৬৭॥

( যুগ্মকম্ )

---

কনা অমতন। উবা-লাক্পা ফংখিদে ॥৫৮॥ মতৌ অমুম্না অভিমন্যুনা থাঙ হৈবগী শাক্তি উত্তূনা, য়েক্লবনা কাপ্লক্পা তেল্শিং অদু মশাদ অমত পালহন্দনা, লৈনা লৈনা চঙশিল্লক্তূনা, বৃহদ্বলগী রথ মথক্ত ফল্ হেক্ চোংখৎখিহুনা, মহাক্কী মশম্ লাক্তূনা চিংখি ॥৫৯॥ অদুদগী রথ মথক্ মক্তদা বৃহদ্বলগী সারথি অদুবু খোঙ্পাক্লা কাওহনা মপ্লাই লৌখি। অভিমন্যুনা মাগী থাঙ্শাং অদুনা রথগী ফিরাল্ অত্তবুসু কক্তূনা থাদখি। অদুদগী গরুড়না সমুদ্রবু নৈখাইবগুম্না অদুগা সমুদ্র ঈনুংদা লৈবা লিলবু ফোয়দত্তূনা লংথোরক্পগুম্না, রথ মথক্তগী বৃহদ্বলবু লাক্তূনা লংথরকই ॥৬০॥ মতম্ অদুদা য়েক্লবা লাম্নী নিংথৌ লাম্নীশিংনা করি করি উখিবগে হায়ববু—বৃহদ্বল হায়বা অকন্বা নিংথৌ অসি নোংশানা লাকথুরবা শঞ্জাও অমগী মতৌগুম্, মশম্ মনা ঈফা ফাহুনা, নুংশামপী থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা, মমীৎ মনা ওন্থত্তূনা লৈমায় থক্তা ওস্থোইনা. তুখি ॥৬১॥ বৃহদ্বলনা অভিমন্যুগী মখা পোন্খিহনা, অভিমন্যুনা শ্রেং শ্রেং লাক্তূনা চিংহনা, চঙজফম লৈত্রবগুম লৈবহু উবদা জয়দ্রথ অসি অসুম্ য়েংহনা লৈনা ঙম্লক্তে ॥৬২॥ বাহোং মতুনা ঈকোয় কোয়না মপাল্ খোঞ্জবা থাং শরীক্ মচা-মচানা অকোয়বদা লৈতেংব, পাক্ৎ উরবা চুঙ্গোয় অমগা থাঙশাং অমগা পায়খত্তূনা জয়দ্রথ অসি মাগী রথদগী ফল্ হেক্ চোংথরকই ॥৬৩॥ জয়দ্রথনা মাহুম্ তৌবহু উবদা, অভিমন্যুনা বৃহদ্বলবু থাদোক্লমহুনা বৃহদ্বলগী রথদগী চোংথরক্তূনা, খুনুথ্রঙগী মতৌগুম্না লৈমায় থক্ত লেপ্তূনা জয়দ্রথবু ঙাইহুনা চাঙহুনা লৈখি ॥৬৪॥ মতম্ মুমক্তদা য়েক্লব লাম্নীশিংনা অভিমন্যুগী মথক্তা থাঙ-তা, য়োচ্ছুক্নচিংবা খুৎলায় ময়াম থাজিল্লই-লংশিল্লকই। লংশিল্লক্লিবা ময়াম্ অদু, অভিমন্যুনা থাঙতনা খত্তোকই অমদি ককৎথত্তূনা থাদৈ ॥৬৫॥ কল্লবা, মথৌনা লৈরবা অভিমন্যুনা মতৌ অমুম্না, য়েক্লবা লাম্নীশিংগী মমাঙদা মশাগী হৈশিংবা অমদি পাম্বোম্গী পাঙ্গল অদু উত্তূনা, মহাক্কী থাঙ-চুঙ্গোয় অদু অমুক্হন্না খুহুম চেৎনা পায়খত্তূনা, কৈজাউ

তৌ পরস্পরমাসাদ্য খড়্গাদন্তনখায়ুধৌ । হৃষ্টবৎ সম্প্রজহ্রাতে ব্যাঘ্রকেশরিণাবিব ॥৬৮॥

সম্পাতেষ্বভিঘাতেষু নিপাতেষ্বসিচর্ম্মণোঃ । ন তয়োরন্তরং কশ্চিদ্দদর্শ নরসিংহয়োঃ ॥৬৯॥

অবক্ষেপোঽসিনির্হ্রাদঃ শস্ত্রান্তরনিদর্শনম্ । বাহ্যান্তরনিপাতশ্চ নির্বিশেষমদৃশ্যত ॥৭০॥

বাহ্যমাভ্যন্তরঞ্চৈব চরন্তৌ মার্গমুত্তমম্ । দদৃশাতে মহাত্মানৌ সপক্ষাবিব পর্ব্বতৌ ॥৭১॥

ততো বিক্ষিপতঃ খড়্গং সৌভদ্রস্য যশস্বিনঃ । শরাবরণপক্ষান্তে প্রজহার জয়দ্রথঃ ॥৭২॥

রুক্মপত্রান্তরে সক্তস্তস্মিংশ্চর্ম্মণি ভাস্বরে । সিন্ধুরাজবলোদ্ধূতঃ সোঽভজ্যত বহানসিঃ ॥৭৩॥

ভগ্নমাজ্ঞায় নিস্ত্রিংশমবপ্লুত্য পদানি ষট্ । অদৃশ্যত নিমেষেণ স্বরথং পুনরাস্থিতঃ ॥৭৪॥

তং কার্ষ্ণিং সমরান্মুক্তমাস্থিতং রথমুত্তমম্ । সহিতাঃ সর্ব্বরাজানঃ পরিবব্রুঃ সমন্ততঃ ॥৭৫॥

ততশ্চর্ম্ম চ খড়্গঞ্চ সমুৎক্ষিপ্য মহাবলঃ । ননাদার্জ্জুনদায়াদঃ প্রেক্ষমাণো জয়দ্রথম্ ॥৭৬॥

---

অমনা শামুশিংগী মরক্তা চেন্‌শিন্‌খিবগুম্, মপা অর্জ্জুনগী য়েক্লব জয়দ্রথ তম্না চেন্‌শিন্‌খি ॥৬৬—৬৭॥ অদুগী তুংদা অকন্‌বা অনীসি অমগমগ খুথেংননা, অকিব লৈতবা, য়াম্না হরাউনা, মপুক্কীং থোগৎনহুনা, কৈগা নোংশাগা চীক্লরকপগুম্ থাঙ্‌গা থাঙ্‌গা, য়াগ-য়াগ, খুজিল্গা-খুজিলগা, য়াম্লবা-চীক্লবা-খোৎনবা হৌরকলে ॥৬৮॥ থাঙ্ চুঙ্গোয়গী লাল্গী হৌনবী বিধি মতুংইন্না নাকল্-নাকন্দা লৈনবা, মাঙ্‌লোম্‌দা চঙশিন্নবা, থাঙবু মথারোম্‌দা হাইথনবা—অসি পুম্বদা চপ্-চপ্ মান্ননা থেংনরকপসিদা, মখোয় অনীগী মন্নুংদা কনানা হেনবা, কনানা রাৎপা—করিমত খেন্নবা উবা ফংখিদ্রে ॥৬৯॥ থাঙ্ চীঙনবা, হাইনরক্পা, অতোপ্ অতোপ্পা থাঙ্‌গী হৌনবী খোঙ্‌থাং অদুগা লাপ্পা হন্দোক্লবা হাইজিন্নবা অসি পুম্নমক্তা, মখোয় অনীগী মরক্তা করিমত লৈখিদে ॥৭০॥ মরিল্ লৈরবা কল্লবা জয়দ্রথ অভিমন্যু অনীসি মশাপাল্লবা চীঙ্‌চুম্ অমগী মতৌগুম্না লাপ্পা চেম্থোক্ চোংথোক্লহুনা, অমুমুক্ হন্না নক্‌শিন্নহুনা অঙকপা অকিবকংনা থেংনরকলে ॥৭১॥ অসিগী তুংদা কল্লবা মিংচৎ চাউরবা অভিমন্যুনা, থাঙ্ অদু হাটগৎলকপা মতম্‌দা, জয়দ্রথনা মহাক্কী থাঙ্‌দোম্ন, অভিমন্যুগী চুঙ্গোয়গী মপান্দা ( ময়াদা ) থাখি ॥৭২॥ অভিমন্যুগী লংলবা চুঙ্গোয় অদুগী অকোয়বদা থেৎলিবা রাহোং মতুশিং অদুগী ময়ায় ময়ায়দা, সনাগী মপাক্ য়ৈ-য়ৈদুনা হাপ্লি। অদুম ওইবা চুঙ্গোয় অদুদা থাখিল্লবা, জয়দ্রথগী থাঙ্‌শাং অদু ময়ায় থীগাঙদা তেক্‌খি ॥৭৩॥ মহাক্কী থাঙ্ অদু তেক্‌খিবা উবদা জয়দ্রথ অসি তুংলোম্‌দা খোঙ্‌কাপ্ তরুক্ হন্দোক্লূনা মাগী রথদা কল হেক্ চোংখৎখি ॥৭৪॥ অদুদগীদি অভিমন্যুস্সু মাগী রথদা কাখৎখি অদুম্না হেক্ কাখৎখিবা মতম্ অদুমক্তদা য়েক্লবা নিংথৌ লাম্মী পুম্নমক্না অভিমন্যুবু ঈকোয় কোয়শিন্‌খি ॥৭৫॥ অদুগী তুংদা খোইদোক্ত কল্লবা অভিমন্যুনা থাঙ্ চুঙ্গোয়দু পায়খত্তূনা, হাই হাইরহুনা, য়েক্লবশিং অদুগী মরক্ খায়রহুনা, অকিবকংনা লাউউহুনা, জয়দ্রথয়োম্‌দা থানা য়েংদুনা লৈ। য়েক্লবা গুম্বা অকন্‌বা অভিমন্যুনা মতৌ অম্নুম্না জয়দ্রথবু মায়থীবা পীহুনা, মুম্বিৎনা

সিন্ধুরাজং পরাজিত্য সৌভদ্রঃ পরবীরহা। তাপয়ামাস তৎ সৈন্যং ভুবনং ভাস্করো যথা ॥৭৭॥
তস্য সর্বায়সীং শক্তিং শল্যঃ কনকভূষণাম্। চিক্ষেপ সমরে ঘোরাং দীপ্তামগ্নিশিখামিব ॥৭৮॥
তামবপ্লুত্য জগ্রাহ বিকোষঞ্চাকরোদসিম্। বৈনতেয়ো যথা কাষ্ণিঃ পতন্তমুরগোত্তমম্ ॥৭৯॥
তস্য লাঘবমাজ্ঞায় সত্ত্বঞ্চামিততেজসঃ। সহিতাঃ সর্ব্বরাজানঃ সিংহনাদমথানদন্ ॥৮০॥
ততস্তামেব শল্যস্য সৌভদ্রঃ পরবীরহা। মুমোচ ভুজবীর্য্যেণ বৈদূর্য্যবিকৃতাং শিতাম্ ॥৮১॥
সা তস্য রথমাসাদ্য নির্মুক্তভুজগোপমা। জঘান সূতং শল্যস্য রথাচ্চৈনমপাতয়ৎ ॥৮২॥
ততো বিরাটদ্রুপদৌ ধৃষ্টকেতুর্যুধিষ্ঠিরঃ। সাত্যকিঃ কেকয়া ভীমো ধৃষ্টদ্যুম্নশিখণ্ডিনৌ ॥৮৩॥
যমৌ চ দ্রৌপদেয়াশ্চ সাধু সাধ্বিতি- চুক্রুশুঃ। বাণশব্দাশ্চ বিবিধাঃ সিংহনাদাশ্চ পুষ্কলাঃ ॥৮৪॥
প্রাদুরাসন্ হর্ষয়ন্তঃ সৌভদ্রমপলায়িনম্। তন্নামৃষ্যন্ত পুত্রাস্তে শত্রোর্বিজয়লক্ষণম্ ॥৮৫॥
( বিশেষকম্ )

অথৈনং সহসা সর্বে সমন্তান্নিশিতৈঃ শরৈঃ। অভ্যাকিরন্ মহারাজ। জলদা ইব পর্ব্বতম্ ॥৮৬॥
তেষাঞ্চ প্রিয়মন্বিচ্ছন্ সূতস্য চ পরাভবম্।

---

জগৎপুম্ববু চাক্থেক্লক্পত্তুগুম্না, কৌরব লান্মী মপৈবু চাক্থেকপা হৌরক্লে ॥৭৭॥ মতম্ অত্তুদা শল্যনা অভিমন্যুগী মথক্তা সনাহৎলবা, য়োৎনা শাবা মচীন্দ মৈ হৌরবা, অকিবগী মশক্ ফংলবা তা অমা লংশিল্লক্ই ॥৭৮॥ মতম্ অত্তুদা, অভিমন্যুনা, গরুড়না পাইশিনখিত্তুনা লিলবু কাবা-ওক্খিবা অত্তুগুম্না, চোংখত্তুনা শল্যগী তা অত্তু মখুং অনীনা কাখি। অত্তুগা থাঙথুম্দগী মাগী থাঙশাং অত্তু ছৎখি ॥৭৯॥ পান্দম্ লৈতনা কল্লবা অভিমন্যুগী খুৎলৈথুবা, লান্দা হন্দবত্তু উবদা নিংথৌশিংনা সিংহনাদ লাউনখি ॥৮০॥ অত্তুগী তুংদা য়েক্লবা হাৎশুম্বা, কল্লবা অভিমন্যুনা সনা-মণি মুক্তা হৎলবা, থোরবা, তা অত্তুমক্পু শল্যতম্না লংশিল্লকই ॥৮১॥ মকুদগী হুদোরক্পগুম্না, পাইথোরক্পা তা অত্তুনা শল্যগী রথয়োম্দা পাইশিনখিত্তুনা শল্যগী সারথিদা থাত্তুনা, মহাক্পু লৈমায়থক্তা তুহন্খি ॥৮২॥ অত্তুগী তুংদা, বিরাট, দ্রুপদ, ধৃষ্টকেতু, যুধিষ্ঠির, সাত্যকি, কেকয়দেশগী মচীনমনাও মশা, ভীমসেন, ধৃষ্টদ্যুম্ন, শিখণ্ডী, নকুল সহদেব, দ্রৌপদীগী মচা মশা—মথোয় অসিনা লান্দা হন্দ্রবা, অভিমন্যুগী মপূক্নীং থোগত্তুনা, মুশাইহন্দুনা—"কজে! থাগৎনীশাইনি!"—অসুম হায়না হন্না হন্না লাউখি। লীরী খীশবগী ভেল মপৈ মপৈ কাপ্নগী অমদি সিংহনাদগী খোঙ্গেম্না পৃমনিন্ নিন্খি। মহারাজ! মাত্তু উবদা নচা ঈবুঙোশিংনা য়েংহুনা খাঙ্হনা লৈথা ঙমখিদ্রে ॥৮৩—৮৫॥ মহারাজ! অত্তুগী তুংদা, কৌরব লান্মী পুম্নমক্না, অমত্তা ওইনা, মায়কৈ পুম্নদগী নোংগী মশীং লাক্ওমজ্রবা মরী ময়াম্না চীঙমায়দা চুথরক্পগুম্ অভিমন্যুগী মথক্তা, থোর য়োরবা খুৎলায়গী মপৈ মপৈ হৈথরক্লে ॥৮৬॥ য়েক্লবা শুম্বা শল্যনা, মহাক্কী সারথিনা তুখিবত্তু

আর্ত্তায়নিরমিত্রঘ্নঃ ক্রুদ্ধঃ সৌভদ্রমভ্যয়াৎ ॥৮৭।
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
দ্রোণাভিষেকে অভিমন্যুপরাক্রমে দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ ।১২*

---

উবদা থোইদোক্না শাউখিদুনা, কৌরবশিংগী মধুপ্পীং পেন্নবগীদমক্ অভিমন্যুগী মাথকৈরোম্‌দা চেল্‌শিল্লম্মি ॥৮৭॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক্ লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা ।ভিষেককী। মন্নুংদা অভিমন্যু পরাক্রমগী তরানিথোইশুবা অধ্যায় লোইয়ে

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ত্রয়োদশোঽধ্যায়ঃ

তরাহুমদোইশুবা অধ্যায়

—(:০:)—

### ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

বহূনি সুবিচিত্রাণি দ্বন্দ্বযুদ্ধাণি সঞ্জয়। । ত্বয়োক্তানি নিশম্যাহং স্পৃহয়ামি সচক্ষুষাম্ ॥১॥
আশ্চর্য্যভূতং লোকেষু কথয়িষ্যন্তি মানবাঃ। কুরূণাং পাণ্ডবানাঞ্চ যুদ্ধং দেবাসুরোপমম্ ॥২॥
নহি মে তৃপ্তিরস্তীহ শৃণ্বতো যুদ্ধমুত্তমম্। তস্মাদার্ত্তায়নের্যুদ্ধং সৌভদ্রস্য চ শংস মে ॥৩॥

### সঞ্জয় উবাচ।

সাদিতং প্রেক্ষ্য যন্তারং শল্যঃ সর্ব্বায়সীং গদাম্। সমুৎক্ষিপ্য নদন্ ক্রুদ্ধঃ প্রচস্কন্দ রথোত্তমাৎ ॥৪॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! নহাক্না, অনী অনীগী মুখা মুখী ওইনা থেংনবগী রারী য়াম্না তাহল্লে। রারীশিং অসি তাবদা, মমীত্তাঙ্দবা মীশিংনা কংবা নুংঙাইবা অমদি মরাম্নবক্ অদো, ঐসু তাঙ্গাসিদা কংনিংঙি। (হায়বদি, মীৎমক্না উরবদি ওন্থোক্না নুংঙাইরম্‌গনি হায়না খল্লি।) ॥১॥ লাইহিংচাবশিংসী লাঙ্গাউগুম্ কল্লবা কুরুক্ষেত্রগী লাল্ অসে, অপস্ত মীপুম্নমক্না শক্ক শোম্নহৌরনি ॥২॥ নুংঙাইরবা, লালগী রারী অসি তাবদা পেনবা লৈত্রে। অতুনা সঞ্জয়! শল্যগা অভিমন্যুগা থেংনবগী মতাং অদো তাগাইনা লীয়ু ॥৩॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—

তং দীপ্তমিব কালাগ্নিং দণ্ডহস্তমিবান্তকম্। জবেনাভ্যপতদ্ভীমঃ প্রগৃহ্য মহতীং গদাম্ ॥৫॥
সৌভদ্রোঽপ্যশনিপ্রখ্যাং প্রগৃহ্য মহতীং গদাম্। এহ্যেহীত্যব্রবীচ্ছল্যং যত্নাদ্ভীমেন বারিতঃ ॥৬॥
বারয়িত্বা তু সৌভদ্রং ভীমসেনঃ প্রতাপবান্। শল্যমাসাদ্য সমরে তস্থৌ গিরিরিবাচলঃ ॥৭॥
তথৈব মদ্ররাজোঽপি ভীমং দৃষ্ট্বা মহাবলঃ। সসারাভিমুখস্তূর্ণং শার্দ্দূল ইব কুঞ্জরম্ ॥৮॥
ততস্তূর্য্যনিনাদাশ্চ শঙ্খানাঞ্চ সহস্রশঃ। সিংহনাদাশ্চ সংজজ্ঞুর্ভেরীণাঞ্চ মহাস্বনাঃ ॥৯॥
পশ্যতাং শতশো হ্যাসীদন্যোন্যমভিধাবতাম্। পাণ্ডবানাং কুরূণাঞ্চ সাধু সাধ্বিতি নিস্বনঃ ॥১০॥
নহি মদ্রাধিপাদন্যঃ সর্ব্বরাজসু ভারত!। সোঢ়ুমুৎসহতে বেগং ভীমসেনস্য সংযুগে ॥১১॥
তথা মদ্রাধিপস্যাপি গদাবেগং মহাত্মনঃ। সোঢ়ুমুৎসহতে লোকে যুধি কোঽন্যো বৃকোদরাৎ ॥১২॥
পট্টৈর্জাম্বুনদৈর্বদ্ধা বভূব জনহর্ষিণী। প্রজজ্বাল তদাবিদ্ধা ভীমেন মহতী গদা ॥১৩॥
তথৈব চরতো মার্গান্ মণ্ডলানি চ ভাগশঃ মহাবিদ্যুৎপ্রতীকাশা। শল্যস্য শুশুভে গদা ॥১৪॥
তৌ বৃষাবিব নর্দ্দন্তৌ মণ্ডলানি বিচেরতুঃ। আবর্ত্তিতগদাশৃঙ্গাবুভৌ শল্যবৃকোদরৌ ॥১৫॥

---

মহাক্কী সারথিবু হাৎখিবহু উবদা শল্যরাজনা, অশাউবগা লোয়ননা, গদা অম পুদুনা চেৎনা পায়দুনা-থাংগত্তূনা রথদগী কল্ হেক্ চোংথৈ ॥৪॥ মতম্ অদুদা ভীমসেননা মাগী চাউরবা গদা অদু থাংগত্তূনা, মৈরিকংনা চাক্লবা মৈবুল অমগী মতোৌগুম্না শল্য তম্না প্রপ্ প্রপ্ চেলশিল্লকৃই ॥৫॥ মতম্ অসিদা অভিমন্যুসু গদা অমা পায়খত্তূনা ভীমগী মতুং ইন্নরকই, শল্যয়োম্দা —“লাউ, লাউ!” হায়দুনা চেন্‌শিল্লকৃপদা ভীমনা মহাকপু খাম্মি ॥৬॥ কল্লবা ভীমনা, অভিমন্যুবু খাম্‌দুনা ইম্ফোল্লগা, শল্যগী মাঙমক্তদা, গদা অদু মুক্তূনা, চীঙগী মতোৌগুম্না, খোঙ্‌কম্ চেৎনা লেপ্তূনা লৈরুরে ॥৭॥ কৈনা শামুয়োমদা চেন্‌শিন্‌বহুগুম্না, শল্যসু মাগী গদা অহু পায়দুনা ভীম লোম্‌দা চেল্‌শিল্লি ॥৮॥ মখোয় অনীনা হোঙ্কিরবসি উবদা পক্ষ অনীমক্তগী পুংশেল-যন্ত্রগী মখোল্লা পুম্‌নিন্ নিন্‌খি ॥৯॥ ভাবুক ওইরিবা অউবা লাম্মী চাম চামগী, অদুগা কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীদগীসু—“কজে, কজে! কন্নি, খৌনাকৈ!” হায়না লাউনরকৃই ॥১০॥ ভরতনন্দন! কৌরব পক্ষগী অদুক্ য়াম্বা লাম্মী নিংথৌশিংগী মমুংদা, শল্যরাজ নত্তনা কনানসু ভীমগী মমাঙদা লেপ্প খাঙবা ঙম্‌খিদে ॥১১॥ অদুগা জগৎ অসিদা শল্যগী মাঙদা ভীমসেন নত্তনা গদাগী যুদ্ধদা, অকনবা কনানবুদি লেপ্প-খাঙবা ঙম্‌গদগেদো? ॥১২॥ সনা মপাক্ মপাক্লা য়েংথোক্তূনা য়োল্লবা, ভীমগী চাউরবা গদা অদুনা অউবশিংগী থম্মোয়দা অকিবা-হুংঙাইবা-অঙকৃপা পোকৃহন্‌খি। গদা অদু ভীমনা মৈরি থোক্লা উরুরক্ত লৈরকৃই ॥১৩॥ শল্যসু অদুগুম্না গদাবাক্‌কী, কোয়না কোয়না, চৎপা চোংবনা চিংবা খোঙচৎ খোংকম্ কিয়েপ জাৎ-জাৎ পুথোকৃতুনা থোইদোক্লা মীঙখিজখি। মাগী গদা অদুসু নোংলক্ত কুম্না নোংথাংগী মতোৌগুম্না তঙপ্ তয়েংনা থোইদোক্লা মীঙখিজরম্মি ॥১৪॥ অদুদগীদি ভীম শল্য অকনবা অনীসি মচাগী মতোৌগুম্না মাগী মাগী গদা অনীসু হাইগৎনমক্তূনা, মচি কেঙ্‌দুনা লুমাকথা, চঙ্‌শিন্নরকপা, শল্লাথা শাও অনীগী মতোৌগুবা

মণ্ডলাবর্ত্তমার্গেষু গদাবিহরণেষু চ । নির্বিশেষমভূদ্ যুদ্ধং তয়োঃ পুরুষসিংহয়োঃ ॥১৬॥
তাড়িতা ভীমসেনেন শল্যস্য মহতী গদা । সাগ্নিজ্বালা মহারৌদ্রা তদা তূর্ণমশীর্য্যত ॥১৭॥
তথৈব ভীমসেনস্য দ্বিষতাভিহতা গদা । বর্ষাপ্রদোষে খদ্যোতৈর্ব্বৃতো বৃক্ষ ইবাবভৌ ॥১৮॥
গদা ক্ষিপ্তা তু সমরে মদ্ররাজেন ভারত । । ব্যোম দীপয়মানা সা সসৃজে পাবকং মুহুঃ ॥১৯॥
তথৈব ভীমসেনেন দ্বিষতে প্রেষিতা গদা । তাপয়ামাস তৎ সৈন্যং মহোল্কা পততী যথা ॥২০॥
তে গদে গদিনাং শ্রেষ্ঠৌ সমাসাদ্য পরস্পরম্ । শ্বসন্ত্যৌ নাগকন্যে ব সসৃজাতে বিভাবসুম্ ॥২১॥
নখৈরিব মহাব্যাঘ্রৌ দন্তৈরিব মহাগজৌ । তৌ বিচেরতুরাসাদ্য গদাগ্র্যাভ্যাং পরস্পরম্ ॥২২॥
ততো গদাগ্রাভিহতৌ ক্ষণেন রুধিরোক্ষিতৌ । দদৃশাতে মহাত্মানৌ কিংশুকাবিব পুষ্পিতৌ ॥২৩॥
শুশ্রুবে দিক্ষু সর্বাসু তয়োঃ পুরুষসিংহয়োঃ । গদাভিঘাতসংহ্রাদঃ শক্রাশনিরবোপমঃ ॥২৪॥
গদয়া মদ্ররাজেন সব্যদক্ষিণমাহতঃ । নাকম্পত তদা ভীমো ভিদ্যমান ইবাচলঃ ॥২৫॥
তথা ভীমগদাবেগৈস্তাড্যমানো মহাবলঃ । ধৈর্য্যান্মদ্রাধিপস্তস্থৌ বজ্রৈর্গিরিরিবাহতঃ ॥২৬॥

---

লৈনা লৈনা, কদম্ তোত্নুা হংগৎহন্দা চৎনরক্লে ॥১৫॥ নিয়ম নাইনা গদা হাইনরক্পা, খোঙকম্ কায়দনা কোয়না চৎনরক্পদা শল্য ভীম অনীগী মরক্ত কনানা হেন্বগে কনানা রাৎপগে-শোন্বগে—হায়বত্নু করিমত খেন্নবা লৈখিদ্রে ॥১৬॥ ভীমসেননা মাগী গদানা, শল্যগী গদাদা ফুথরক্পা মতমদা, শল্যগী গদা অত্নু মৈ হোত্নুনা চাকথেকখিবগুম্ উই ॥১৭॥ মতৌ অসিগুম্না শল্যগী গদানা থাবদা, ভীমগী গদা অত্নুসু নোংজুপাম্বাগী সন্ধ্যাগী মতম্দা কুকেৎ কাকেৎ থোক্পা তন্দল্সিংগী মতৌগুম্না' পাইথোরকপা মৈরীক খিবিক্লা, পূমতাল্ ঙাল্লি ॥১৮॥ ভরতনন্দন, মহারাজ! লালকম্ অত্নুদা, শল্যনা ভীম তম্না মাগী গদা অত্নু লংলক্রবদা, গদা অত্নুনা নোংমদোম্বক্তা পাইখৎখিত্নুনা, মশাদগী মৈরীক মৈরি কয়া কয়া পাইথোকহন্খি ॥১৯॥ মতৌ অসিগুম্না ভীমনা মাগী গদা অত্নু শল্য তম্ন লংলক্পা মতম্দা, গদা অত্নুনা, শঙাই শেন্না পাইবগুম্না নোংমদোম্বক্তগী পাইথরক্নুনা, কৌরব লাম্মী পুম্বদা মৈশাপীখি ॥২০॥ শল্যগা ভীমগা অনীনা লংনরকপা গদা অনী অত্নুগী অমমমনা অমগীনা অমদা পান্বদা গদা অনী অত্নু, মুংশামপী থবেৎ থবেৎ হোন্বী, মহূপূরবী লিল অমোম্ অনীগী মতৌগুম্না মৈরি থোক্ল চাক্খি ॥২১॥ কৈ অনীনা মখুজীন্না, শামু অনীনা ময়ানা, খোৎনরক্পা খিন্নরকপত্নুগুম্না ভীম শল্য অনীনা মাগী মাগী গদা অত্নু থুত্নুম চেৎনা পায়নত্নুনা, হাক্থেংননা শোক্লরক্লে ॥২২॥ অত্নুগী তুংদা মখোয় অনীসি, অমনা অমবু ফুনবা থান্নবত্নুদা, মীকুপ অমগী মনুংদা, মখোয় অনীমক্ ইহং নাইহং শানখিত্নুনা অঙাংবা মপান্না থল্লবা কুয়াও পাম্বী অনীগী মতৌগুম্না উখি ॥২৩॥ ইন্দ্রগী বজ্রনা তাবগী মতৌগুম্না গদা অনীগ অমগমগা মখোল হোনা থানখি। গদা অনীত্নুগী মখোল অনীত্নু মায়কৈ পুম্বদা তাখি ॥২৪॥ শল্যনা মাগী গদানা ভীমগী নাক্ল-মেত্তা থাবদা ভীম অসি করিমতা লেঙবিদে, হাইহম্লে ॥২৫॥ অত্তুম্না শল্যম্ন ভীমগী

আপেততুর্মহাবেগৌ সমুচ্ছ্রিতগদাবুভৌ পুনরন্তরমার্গস্থৌ মণ্ডলানি বিচেরতুঃ ॥২৭॥
তথাপ্লুত্য পদাষ্টৌ সন্নিপত্য গজাবিব। সহসা লোহদণ্ডাভ্যামন্যোন্যমভিজঘ্নতুঃ ॥২৮॥
তৌ পরস্পরবেগাচ্চ গদাভ্যাঞ্চ ভৃশাহতৌ। যুগপৎ পেততুর্বীরৌ ক্ষিতাবিন্দ্রধ্বজাবিব ॥২৯॥
ততো বিহ্বলমানং তং নিশ্বসন্তং পুনঃ পুনঃ। শল্যমভ্যপতর্তূর্ণং কৃতবর্ম্মা মহারথঃ ॥৩০॥
দৃষ্ট্বা চৈনং মহারাজ। গদয়াভিনিপীড়িতম্। বিচেষ্টন্তং যথা নাগং মূর্চ্ছয়াভিপরিপ্লুতম্ ॥৩১॥
ততঃ স্বরথমারোপ্য মদ্রাণামধিপং রণে। অপোবাহ রণাত্তূর্ণং কৃতবর্ম্মা মহারথঃ ॥৩২॥
( যুগ্মকম্ )

ক্ষীববদ্বিহ্বলো বীরো নিমেষাৎ পুনরুত্থিতঃ। ভীমোঽপি সুমহাবাহুর্গদাপাণিরদৃশ্যত ॥৩৩॥
ততো মদ্রাধিপং দৃষ্ট্বা তব পুত্রাঃ পরাঙ্মুখম্। সনাগপত্ত্যশ্বরথাঃ সমকম্পন্ত মারিষ। ॥৩৪॥
তে পাণ্ডবৈরর্দ্যমানাস্তাবকা জিতকাশিভিঃ। ভীতা দিশোঽস্বপদ্যন্ত বাতনুন্না ঘনা ইব ॥৩৫॥
নির্জ্জিত্য ধার্ত্তরাষ্ট্রাংস্তু পাণ্ডবেয়া মহারথাঃ। ব্যরোচন্ত রণে রাজন্! দিপ্যমানা ইবাগ্নয়ঃ ॥৩৬॥

---

গদানা থাবদা চৌংহুমগী মতৌগুম্না করিমত লেঙদে; মহাক্কী তপথবা গুণনা, খাঙবাকন্‌বনা, নীক্তনা-লেংদনা অহুম্ লৈ ॥২৬॥ অনী অসি মাগী মাগী গদা অহু হায়গৎনহুনা চপ্ চপ্ মান্নবা ফুনৈ। চপ্ চপ্ মান্নবা কোয়চৎ চৎলি, কদম তৌহুনা হংগৎ হন্দা চপ্ চপ্ মান্নবা চৎনৈ অমুমুক নক্‌শিন্নৈ, অমুমুক লাপ্ থোক্‌নৈ॥২৭॥ মখোয় অনীসি চোংশিন চোংশিন্‌মিন্নহুনা গদানা অমনা অমদা কন্না থানৈ, অমুমুক চোংথোক্‌নৈ। মখোয় অনী অস্থুম্না শোক্লরকপসি শামু অনীনা য়াথিনরকপগুন্মি ॥২৮॥ অমগমগা হায়নরকপহুনা, ফুনরকপহুনা, শাথিনা শোক্লখিহুন মখোয় অনীমক মতম্ অমতদা, ইন্দ্রগীক্লিয়াল অনীনা থেংগাক্টনহুনা লৈমায়থক্তা, তেক্লুনা তুথরকপগুম লৈমায়থক্তা তুনখি ॥২৯॥ শল্যনা লৈমায়থক্তা তুহুনা জ্ঞান তাদনা, তৌকম থংদনা, নুংশামপী থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা লৈবহু উবদা কৃতবর্ম্মা অসি থুনা য়াঙ্না শল্যগী নাক্ত চংশিল্লকই ॥৩০॥ মহারাজ! গদানা থাবদা থিনা শোক্লবা শল্যনা মূর্চ্ছা কংলবা, নুংশামপি থবেৎথবেৎ হোল্লবা, শামুগুম্না তুহুনা লৈবহু উবদা কৃতবর্ম্মানা মহাক্কী রথমথক্তা হাপকত্তুনা শল্যবু নাকল অমদা থৈদোক্তুনা পুখি ॥৩১-৩২॥ অমরোম্‌দা ময়ায়কারবা শামুগুম্বা, কল্লবা মপান্থোম্ চাওরবা ভীমনা, মথুক্তা গদা অহু পায়হুনা ফুক হেক্ হৌগৎলকপহু উনখি ॥৩৩॥ ইকাইখুম্নবগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ! নচা-শিংনা, শল্যনা মায়থীহুনা হন্দোরকপহু উবদা, কনাগী শগোল শামু রথ দোলাঈনচিংবগা লোয়ননা থক্ থক্ নীরুখি ॥৩৪॥ মহুগী নুমিৎকী লান্দা, জয়ওইরবা পাণ্ডবশিংনা তক্‌শিল্ নৈশিল্লকপদা খাঙবা ওমজ্রবা কৌরব লান্মী অয়াম্বা মায়কৈ পুম্বদা নুংশিৎনা হুমদোক্‌পা নোংগুম, মায়কৈ পুম্বদা চেন্‌খ্রে ॥৩৫॥ মহারাজ! মতম্ অহুদা পাণ্ডবশিং অসি কৌরব লান্মীশিংবু ওমহুনা, মৈরি কংনা চাক্লবা মৈগী মতৌগুম্ মায়থোং মকায়াম্বা পুম্নমক্ লংনা ওান্থোইখি ॥৩৬॥

সিংহনাদান্ ভৃশং চক্রুঃ শঙ্খান্ দধ্মুশ্চ হর্ষিতাঃ। ভেরীশ্চ বাদয়ামাসুর্ম্মৃদঙ্গাংশ্চানকৈঃ সহ ॥৩৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি

দ্রোণাভিষেকে শল্যাপযানে ত্রয়োদশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

মথ্‌াই মুণ্ডাইরবা পাণ্ডব লাশ্মীশিংনা মখোয়গী পুংশেলনচিংবা লালগী যন্ত্রপুম্নমক্ খোংখি-রৈখি ॥৩৭॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা দ্রোণাভিষেকী মনুংদা "শল্যা পযান"গী তরাহুমদোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## চতুর্দ্দশোঽধ্যায়ঃ

( কর্ণগী মচা বৃষসেনগী থৌনা )

তারমরিশুবা অধ্যায়

—:(•):—

### সঞ্জয় উবাচ।

তবলং সুমহজ্জীর্ণং ত্বদীয়ং প্রেক্ষ্য বীর্য্যবান্। দধারৈকো রণে রাজন্। বৃষসেনোঽস্ত্রমায়য়া ॥১॥
শরা দশ দিশো মুক্তা বৃষসেনেন সংযুগে। বিচেরুস্তে বিনির্ভিদ্য নরবাজিরথদ্বিপান্ ॥২॥
তস্য দীপ্তা মহাবাণা বিনিশ্চেরুঃ সহস্রশঃ। ভানোরিব মহারাজ। ঘর্ম্মকালে মরীচয়ঃ ॥৩॥
তেনার্দ্দিতা মহারাজ। রথিনঃ সাদিনস্তথা। নিপেতুরুর্ব্ব্যাং সহসা বাতভগ্না ইব দ্রুমাঃ ॥৪॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ— চাউরবা কৌরবলাশ্মী তেক্লোলনা কায়রহনা চেন্নবত্ত উবদা, কর্ণগীমচা কন্নবা বৃষসেনা মথন্তনা মশাগী বিদ্যা অমদি থৌনানা তেক্লোল মপূন্ অম্মমত্তু ঙাকশেন্নবগী কন্ননবগী ভার অত্ত লৌখি ॥১॥ বৃষসেননা কাপ্‌লকূপা তেল মরাম্ অহুনা থীনা পান্‌বদা পাণ্ডবলাশ্মীশিংগী শগোলশামু খোঙমী লাশ্মীপূম্বা মায়কৈ পূবদা কায়হনা চেন্নখি ॥২॥ মহারাজ বৃষসেনগী লংলবা থৌরবা তেল লিশিংলিশিংনা মাঙী লৌরিদগী, নুমিৎ অমত্তদগী মঙাল্ মায়া থাইদোরকূপগুম্ হাইদোক্-পাইথোক্লকূলি ॥৩॥ মহারাজ। বৃষসেনগী থুংলায়না পান্‌বদা অকনূবা

হয়ৌঘাংশ্চ রথৌঘাংশ্চ গজৌঘাংশ্চ মহারথঃ। অপাতয়দ্রণে রাজন্! শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥৫॥
দৃষ্ট্বা তমেকং সমরে বিচরন্তমভীতবৎ। সহিতাঃ সর্ব্বরাজানঃ পরিবব্রুঃ সমন্ততঃ ॥৬॥
নাকুলিস্তু শতানীকো বৃষসেনং সমভ্যয়াৎ। বিব্যাধ চৈনং দশভির্নারাচৈর্মর্ম্মভেদিভিঃ ॥৭॥
তস্য কর্ণাত্মজশ্চাপং ছিত্ত্বা কেতুমপাতয়ৎ। তং ভ্রাতরং পরীপ্সন্তো দ্রৌপদেয়াঃ সমভ্যয়ুঃ ॥৮॥
কর্ণাত্মজং শরব্রাতৈরদৃশ্যং চক্রুরঞ্জসা। তান্ নদন্তোঽভ্যধাবন্ত দ্রোণপুত্রমুখা রথাঃ ॥৯॥
ছাদয়ন্তো মহারাজ! দ্রৌপদেয়ান্ মহারথান্। শরৈর্নানাবিধৈস্তূর্ণং পর্ব্বতান্ জলদা ইব ॥১০॥
(যুগ্মকম্)

তান্ পাণ্ডবাঃ প্রত্যগৃহ্ণংস্ত্বরিতাঃ পুত্রগৃদ্ধিনঃ। পাঞ্চালাঃ কেকয়া মৎস্যাঃ সৃঞ্জয়াশ্চোদ্যতায়ুধাঃ ॥১১॥
তদ্যুদ্ধমভবদ্ঘোরং সুমহদ্রোমহর্ষণম্। ত্বদীয়ৈঃ পাণ্ডুপুত্রাণাং দেবানামিব দানবৈঃ ॥১২॥
এবং যুযুধিরে বীরাঃ সংরব্ধাঃ কুরুপাণ্ডবাঃ। পরস্পরমুদীক্ষন্তঃ পরস্পরকৃতাগসঃ ॥১৩॥
তেষাং দদৃশিরে কোপাদ্বপূংষ্যমিততেজসাম্। যুযুৎসূনামিবাকাশে পতত্রিবর-ভোগিনাম্ ॥১৪॥

---

চৈনাকংবদা থাঙ্‌বারারবা, পাণ্ডবপক্ষগী শগোল্ তোংবা শামুতোংবা লান্মী অয়াম্বা লৈমায় থক্তা হাইথুনখ্রে ॥৪॥ নিংথৌ! মহারথী ওইরবা বৃষসেননা পাণ্ডবপক্ষগী শগোল্‌তোংবা, শামু তোংবা খোঙমী অমদি রথী চাম চামবু লাল্‌কম্-লৈমায়থক্তা তুহন্‌খি ॥৫॥ বৃষসেন মথন্তনা, লালকম্ অহুদা, অকিব লৈতনা, মথৌনাগা লোয়ননা, লালকম্‌দা কোয়চেল চেন্দুনা লৈবহ উবদা, পাণ্ডবপক্ষগী লান্মী নিংথৌ পুম্নমক্না পুন্নপ্ হৌরক্তুনা মহাকপু কোয়শিন্নরে ॥৬॥ নকুলগী মচা শতানীকনা বৃষসেন লোম্‌দা চেল্‌শিন্নক্তুনা থম্মোয় কায়বা য়ারবা, থৌরবা য়েক্তুমমচীন্ মানবা তেল্ তরানা বৃষসেনদা থাখি ॥৭॥ মতম্ অহুদা বৃষসেননা শতানীকগী ফিরালগা, লীরুংগা মতম্ অমতদা ককথত্তুনা থাদখি। মতম্ অসিদা দ্রৌপদীগী অতৈ মচাশিংনা শতানীকবু কন্‌গে হায়বগীদমক্ চেন্‌শিন্নকই ॥৮॥ মতম্ অহুদা মখোয়না শতানীকবু মশক্ উদবমথৈ তেল্‌গী মপৈনা কুপ্‌শিন্‌খ্রে। মতম্ অসিমক্তদা, নোং মতুম্ মতুম্না চীঙমায়দা অতৎ অথম্ লৈতনা চুথরক্‌পগুম্, অশ্বত্থামানচিংবা অকন্‌বশিংনা তেল্‌গী মপৈমপৈ কাপ্‌শিন্নক্তুনা, দ্রৌপদীগী মচা-শিংগী মায়কৈদোম্‌দা চেল্‌শীন্নক্‌লে ॥৯-১০॥ মতম্ অহুদা মচাশিংসিবু কন্নিংবনা, পাণ্ডবশিং পাঞ্চালশিং, কেকয়শিং, মৎস্যদেশগী লান্মীশিং অমদি সৃঞ্জয়শিংনা থুংলায় পায়থৎ পায়থত্তুনা, য়েক্নবশিংদুগী মায়োক্ য়াখি ॥১১॥ মতম্ অহুদা লাইরাম্‌গা হিংচাবশিংগা শোক্নখিবদুগুম্না কৌরব লান্মীশিংগা পাণ্ডবলান্মীশিংগা পক্কঅনীগী তুংজুংবা পোক্ন অকিবগী মশক্ কংলব লাঞ্জাও অম থোক্‌খ্রে ॥১২॥ অমনা অমদা অরান্‌বা লাউজরবা অকন্‌বা কৌরব পাণ্ডবলান্মীশিংনা, শাউনহনা অমগা-মগা মিৎ কুপ্তনা য়েংনহনা, মতৌ অসুম্না কন্ন, মথাই থুবাক্তা হাপ্পুনা থেংনখি ॥১৩॥ নোংমদোন্-থক্তা লাম্বেংনগে হায়রুনা পাইশিন্ থেংজিনখিবা উচেক্‌শিং অমদি জিল্‌শিংগী মওং মতৌগুম্না

ভীমকর্ণকৃপদ্রোণ-দ্রৌণিপার্ষতসাত্যকৈঃ। বভাসে স রণোদ্দেশঃ কালসূর্য্যৈরিবোদিতৈঃ ॥১৫॥
তদাসীত্তুমুলং যুদ্ধং নিঘ্নতামিতরেতরম্। মহাবলানাং বলিভির্দানবানাং যথা সুরৈঃ ॥১৬॥
ততো যুধিষ্ঠিরানীকমুদ্ধূতার্ণবনিস্বনম্। ত্বদীয়মবধীৎ সৈন্যং সংপ্রক্রুতমহারথম্ ॥১৭॥
তৎ প্রভগ্নং বলং দৃষ্ট্বা শত্রুভিভৃশমর্দ্দিতম্। অলং দ্রুতেন বঃ শূরা ইতি দ্রোণোঽভ্যভাষত ॥১৮॥
ততঃ শোণহয়ঃ ক্রুদ্ধশ্চতুর্দ্দন্ত ইব দ্বিপঃ। প্রবিশ্য পাণ্ডবানীকং যুধিষ্ঠিরমুপাদ্রবৎ ॥১৯॥
তমাবিধ্যচ্ছিতৈর্বাণৈঃ কঙ্কপত্রৈর্যুধিষ্ঠিরঃ। তস্য দ্রোণো ধনুশ্ছিত্ত্বা তং দ্রুতং সমুপাদ্রবৎ ॥২০॥
চক্ররক্ষঃ কুমারস্তু পাঞ্চালানাং যশস্করঃ। দধার দ্রোণমায়ান্তং বেলেব সরিতাং পতিম্ ॥২১॥
দ্রোণং নিবারিতং দৃষ্ট্বা কুমারেণ দ্বিজর্ষভম্। সিংহনাদরবো হ্যাসীৎ সাধু সাধ্বিতি ভাষিতম্ ॥২২॥
কুমারস্তু ততো দ্রোণং সায়কেন মহাহবে। বিব্যাধোরসি সংক্রুদ্ধঃ সিংহবচ্চানদন্মুহুঃ ॥২৩॥
সংবার্য্য চ রণে দ্রোণং কুমারস্তু মহাবলঃ। শরৈরনেকসাহস্রৈঃ কৃতহস্তো জিতক্লমঃ ॥২৪॥

---

অশাউবনা শুমহৎথ্রবা কোরব পাণ্ডবলাম্মীশিংগী মশকমওং অদুস্থ অহুম্না উবা ফংনখি ॥১৪॥ প্রলয়গী মতম্দা থোক্পা চাক্লবা লংলবা সুমিৎ অমমম্শুম্না, ভীমসেন্ কর্ণ, কৃপ, দ্রোণ, অশ্বত্থামা ধৃষ্টদ্যুম্ন, সাত্যকীনচিংবা অকন্বশিং অসিনা লাল্ফম্-নোংমদোন্ মকোয়গী লৈতেং ওইখি ॥১৫॥ মমাঙৈদা লাইয়ামগা হিংচাবশিংগা কম্ম থেংনখিবদুশুম্না, অমগমগা তকৃশিন্নরক্পা কৌরব পাণ্ডব লাম্মীশিংগী, তম্থিনা অকিবা ফংলবা লাঙ্গাউ অম থোক্খ্রে ॥১৬॥ অসিগী তুংদা ঈথকইপোম্ হৌরবা ইপাক্কৌ মতৌশুম্নবা, যুধিষ্ঠিরগী লাম্মীমপৈনা, মহারাজগী নচাঈবুঙোশিংগী লাম্মীশিংবু হাচ্চিন্বা হৌরক্লে। অদুদগীদ কৌরবপক্ষগী মহারথী কয়া কয়া চেম্মরক্লে ॥১৭॥ য়েক্লবশিংনা তক্'শন্নপদা থাঙ্বা ওম্দ্রবা কোরবলাম্মীশিংনা চেম্মবদু উবদা দ্রোণনা ময়ামদা "চেন্গনু, চেন্গনু ! অকন্বশা ! কম্মিগী চেল্লি ?" অসুম হায়না লাউরক্ই-॥১৮॥ মতম্ অসিদা ঈশুম্ ভাঙ্লবা শগোম্না চিংবা রথমথক্তা তোংলবা দ্রোণনা, ময়ামরিপান্বা শামু য়াইশাশুম্, পাণ্ডবলাম্মীপুম্বা তকৃথাই হাইগাক্টম্নগা যুধিষ্ঠিরগী মায়কৈদা ফুজিন্খি ॥১৯॥ মতম্ অদুদা যুধিষ্ঠিরনা থৌরথোরবা তেল্গী মপৈনা দ্রোণদা কপ্পথাখি। দ্রোণনা যুধিষ্ঠিরগী মথুক্তাপায়রিবা লীরুং অদু কক্থৎলগা, মত্তোন্নোম্দা কম্ম চেল্শিল্লকই ॥২০॥

দ্রোণনা চঙ্শিল্লক্লবদা, সমুদ্রগী মপান্ (চাংজৌ)না ঈথক-ইপোম্ ময়াম্মু থিংবা অহুম্না, যুধিষ্ঠিরবু ঙাক্শেল্লিবা পাঞ্চাল পুম্বগী থাউমৈ ওইরিবা, মিংচৎ চাউরবা কুমার কৌবা অকন্বদুনা দ্রোণবু থিংদুনা থমখি ॥২১॥ কুমার হায়রবসিনা ব্রাহ্মণ অথোইবা, কম্মবা দ্রোণবু থিংদুনা থম্মগ উবদা পাণ্ডব লাম্মীশিংনা মহাকপু "কজৈ কজৈ কল্লি !" হায়না থাগৎনখি ॥২২॥ অদুগী তুংদা কম্মবা কুমারনা য়াম্না শাউখিদুনা লাঙ্গাউ অদুদা, দ্রোণগী থবাক্ত-থজিন্দা কপ্পা থাদুনা সিংহনাদ লাউখি ॥২৩॥ থোইদোক্লা কম্মবা, নীঙ্থিনা তম্দুনা হৈরবা, থৌরবা কুমারনা, কম্মিমক্ত

ত্বরিতং সিংহসেনস্তু দ্রোণং বিদ্ধা মহারণম্। প্রাহসৎ সহসা হৃষ্টস্ত্রাসয়ন্ বৈ মহারথান্ ॥৩৫॥
ততো বিস্ফার্য্য নয়নে ধনুর্জ্যামবমৃজ্য চ। তলশব্দং মহৎ কৃত্বা দ্রোণস্তং সমুপাদ্রবৎ ॥৩৬॥
ততস্তু সিংহসেনস্য শিরঃ কায়াৎ সকুণ্ডলম্। ব্যাঘ্রদত্তস্য চাক্রম্য ভল্লাভ্যামাহরদ্বলী ॥৩৭॥
তান্ প্রমৃজ্য শরব্রাতৈঃ পাণ্ডবানাং মহারথান্। যুধিষ্ঠিররথাভ্যাসে তস্থৌ মৃত্যুরিবান্তকঃ ॥৩৮॥
ততোঽভবন্মহাশব্দো রাজন্! যৌধিষ্ঠিরে বলে। হতো রাজেতি যোধানাং সমীপস্থে যতব্রতে ॥৩৯॥
অব্রুবন্ সৈনিকাস্তত্র দৃষ্ট্বা দ্রোণস্য বিক্রমম্। অদ্য রাজা ধার্ত্তরাষ্ট্রঃ কৃতার্থো বৈ ভবিষ্যতি ॥৪০॥
অস্মিন্ মুহূর্ত্তে দ্রোণস্তু পাণ্ডবং গৃহ্য হর্ষিতঃ। আগমিষ্যতি নো নূনং ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য সংযুগে ॥৪১॥
এবং সংজল্পতাং তেষাং তাবকানাং মহারথঃ। আয়াজ্জবেন কৌন্তেয়ো রথঘোষেণ নাদয়ন্ ॥৪২॥
শোণিতোদাং রথাবর্ত্তাং কৃত্বা বিশসনীং নদীম্। শূরাস্থিচয়সঙ্কীর্ণাং প্রেতকূলাপহারিণীম্ ॥৪৩॥

(যুগ্মকম্)

---

অকনবশিংনা মুংঙাইখিহুনা খোঞ্জেন হৌনা লাউখোংখি-নিংখি ॥৩৪॥ সিংহসেন হায়বসিনস্থু দ্রোণদা কপ্পা কপ্পা থাহুনা, য়াম্না মুংঙাইখিহুনা, য়েক্লব মহারথীশিংবু মিপাইহন্দুনা, লালুকমদা কাক্ কাক্ নোক্খি ॥৩৫॥ অহুগী তুংদা থোইনা শাউরবা দ্রোণনা, মমীৎ অনীহু লাওনা পাংথোক্তুনা, লীরীহু শীৎল শীৎলখ্রনা লীরী অহু তং-তং লাউনা হৌনা কাপ্তুনা, খোঞ্জেল হৌনা সিংহনাদ লাউরকলে ॥৩৬॥ অহুগী তুংদা কল্লবা দ্রোণনা, তা মাল্লবা, শাংলবা থৌরবা তেল অনী শত্তুনা অমনা কুণ্ডলনাইনগা লোয়ননা সিংহসেনগী মওকপু, অমনা ব্যাঘ্রদত্তগী মওকপু মাগী মাগী হকচাংদগী লৈমায়থক্তা তোওান্ন তাহনখি ॥৩৭॥ দ্রোণনা মতৌ অস্নুমা থৌর থৌরবা তেলগী মপৈনা, পাণ্ডবপক্ষগী মহারথীশিং মায়থীবা পীহুনা অমদি হাত্তূনা, যমরাজগী মতৌগুম যুধিষ্ঠিরগী নাক্ য়ৌশিন্খ্রে ॥৩৮॥ মহারাজ! দ্রোণাচার্য্যনা যুধিষ্ঠিরগী রথগী মনাক্ য়ৌশিন্খ্রবহুদা, পাণ্ডব লাম্মী পুম্নমক্না খোঞ্জেল অমত ওইনা, হাহাকার লাউনখিহুনা "যুধিষ্ঠির নিংথৌ কাখ্রেদনা! হাৎখ্রেদনা!" হায়না থংমায শোক্ক মুংঙাইহুনা লাউনখি ॥৩৯॥ দ্রোণগী মপোনা, মপাঙ্গল মহৈ উবদা কৌরব লাম্মী পুম্নমক্না, "হা-হাঃ! ঙসিদি নিংথৌ দুর্য্যোধনগী নীঙ্বা থুংলেদনা! লাম্থেং-নবগী মহৈ য়াল্লে!" হায়না, য়াম্না হরাউনা লাউনখি ॥৪০॥

"ঙাসদি, শোয়দনা, দ্রোণনা যুধিষ্ঠিরবু ফারগা য়াম্না হরাউনা ঐখোয়গী নিংথৌ দুর্য্যোধনগী মকমদা পুরক্পা তারে" ॥৪১॥ অস্তুম হায়না মহারাজগী কৌরব লাম্মী ময়াম্না ঙাঙ্নরিঙৈ, শোন্নরিঙৈ মতম্ অসিদা, মহারথী অর্জ্জুন অসি, কৌরব লাম্মী ময়াম্বু মায়কৈ অমরোম্দা হাৎলুহুনা, ঈতগী তুরেল অম চেন্থহল্লমহুনা, মহাক্কী রথগী খোঞ্জেল্না মায়কৈ পুম্বা পুম্নিন্নিন্না, অদোম্দা থুনায়াঙ্না হেক্ লাক্ই। অর্জ্জুন্না চেলহল্লব্বা তুরেল অহুগী ঈশিংদি মী শাম্নু শগোলশিংগী ঈনা ওই। ঈচেল্ অহুদা তাউথরিবা রথ ময়াম্না য়াংনা কাবা ইপোম্ ওইরি। তুরেল অহু অকন্‌বা লাম্মীশিংগী শরঙাক্রহনা পীক্ হেক্ থল্লি। ঈচেল্ কল্লবা তুরেল অহুনা,

তাং শরৌঘমহাফেনাং প্রাসমৎস্যসমাকুলাম্ । নদীমুত্তীর্য্য বেগেন কুরূন্ বিদ্রাব্য পাণ্ডবঃ ॥৪৪॥
ততঃ কিরীটী সহসা দ্রোণানীকমুপাদ্রবৎ । ছাদয়ন্নিষুজালেন মহতা মোহয়ন্নিব ॥৪৫॥

( যুগ্মকম্ )

শীঘ্রমভ্যস্যতো বাণান্ সন্দধানস্য চানিশম্ । নান্তরং দদৃশে কশ্চিৎ কৌন্তেয়স্য যশস্বিনঃ ॥৪৬॥
ন দিশো নান্তরীক্ষঞ্চ ন দ্যৌর্নৈব চ মেদিনী । অদৃশ্যন্ত মহারাজ ! বাণভূতা ইবাভবন্ ॥৪৭॥
নাদৃশ্যত তদা রাজন্ ! তত্র কিঞ্চন সংযুগে । বাণান্ধকারে মহতি কৃতে গাণ্ডীবধন্বনা ॥৪৮॥
সূর্য্যে চাস্তমনুপ্রাপ্তে তমসা চাভিসংবৃতে । নাজ্ঞায়ত তদা শত্রুর্ন সুহৃন্ন চ কশ্চন ।
ততোঽবহারং চক্রুস্তে দ্রোণদুর্য্যোধনাদয়ঃ ॥৪৯॥
তান্ বিদিত্বা পুনস্ত্রস্তানযুদ্ধমনসঃ পরান্ । স্বান্যনীকানি বীভৎসুঃ শনৈরবহারয়ৎ ॥৫০॥
ততোঽভিতুষ্টুবুঃ পার্থং প্রহৃষ্টাঃ পাণ্ডুসৃঞ্জয়াঃ । পাঞ্চালাশ্চ মনোজ্ঞাভির্বাগ্ভিঃ সূর্য্যমিবর্ষয়ঃ ॥৫১॥
এবং স্বশিবিরং প্রায়াজ্জিত্বা শত্রূন্ ধনঞ্জয়ঃ । পৃষ্ঠতঃ সর্ব্বসৈন্যানাং মুদিতো বৈ সকেশবঃ ॥৫২॥

---

নাকল্ অনীমক্ত পৈখৎলিবা অশিব হকচাংগী মপৈগী মশক ওইরবা তোর্ব্বান অনিবু কীদ্বু কীদ্বুহন্দুনা, তাউথহন্দুনা লালকম্‌গী মশক্ ওইরবা যমালয় তাম্ন চেন্থরি ॥৪২—৪৩॥ অদুগী তুংদা পাণ্ডুগী মচা অর্জ্জুননা, তেন্নচিংবা খুৎলায মতেক্ মতেক্না কোঙ্গোল্ ওইনা কাব্রবা, থাঙ্‌তানাচিংবা খুৎলায মপৈনা ঙা ওইনা তাউরবা, ঈগী তুরেল অদু লাম্থোক্তুনা কৌরব লাম্মী মপৈবু নৈখায়দুনা, যেক্লবগী পুক্লিংদা অকিবা মিপাইবা অণ্ডক্‌পা পোক্‌হন্দুনা দ্রোণ তম্না প্রেপ্‌প্রেপ্ থৌজিল্লকই ॥৪৪—৪৫॥ অর্জ্জুননা তেল কাপ্-কাপ্‌তুনা পাইশিল্লক্‌পা মতম্‌সিদা, করম্বা মতম্‌দা তেন্দোংলোম্‌দা মখুৎহাক্টগৎখিবা, করম্বা মতম্‌দা, তেলশৎখিবা, করম্বা মতম্‌দা তেঙ্গা থোংদুনা কাপ্‌খিবা—অসি পূম্নমক্ অসি কনা অমতনা উবা হায়বা ঙম্‌খিদে ॥৪৬॥ মতম্ অসিদা সুমিৎনস্যু তারমদাই য়োরক্লবনা লালকম্‌গী মকম্ পূম্বদা অমম্বনা মথং মথং কুশ্‌শিল্লক্লে। কদাযনা মীচঙ্—মকপ, কদাযনা যেক্লবা—করিমত মশক্ খঙনরক্ত্রে। মবম্ অদুম্না মাদুগী সুমিৎকী দ্রোণ দুর্য্যোধননাচংবগী লাল্ অদু লোইশিনখ্রে ॥৪৯॥ য়েক্লবশিংনা কিবা-চেম্নবা লাম্থেংননীঙ্‌দ্রবদু উবদা, অর্জ্জুনস্যু মাগী লাম্মী ময়াম্বু লাল্ লেপ্‌খো হায়না ঈঙ্গিত তৌখ্রে-লাল্ লেপ্‌খ্রে ॥৫০॥ অদুগী তুংদা ঋষিশিংনা নীঙ্‌থিজরবা বেদগী মন্ত্রনা সূর্য্যগী স্তুতি তৌরক্-পদুগুম্না পাণ্ডবশিংনা, সৃঞ্জয়শিংনা অদুগা পাঞ্চাললাম্মী পূম্নমক্না পাণ্ডুগী মচা অর্জ্জুনগী স্তুতি তৌখি-লৈশি লৈথোক্লুনা পেলচন্‌খি ॥৫১॥ অর্জ্জুননা, মতৌসিগুম্না য়েক্লবশিংবু জয় তৌদুনা থোইদোক্না নুংঙাই-হয়াউনা, লাম্মী খ্বাইগী মতুংদা, কৃষ্ণগা লোয়ননা মহাকী লান্‌শংলোম্‌দা চৎখি ॥৫২॥ মতম্ অদুদা, থরানমিচাক্না ডণ্ডপ্ তরেংনা নীঙথিজরবা নোমদোম্বক্না থানা নীঙ্‌থিজবগুম্, অর্জ্জুনস্যু কৃষ্ণমণি, নীলমণিনচিংবা মণিমুক্তা কয়ানা অদুগা সনা লুপা, হীরা,

মসারগল্বর্কসুবর্ণরূপ্যৈর্বজ্রপ্রবালস্ফটিকৈশ্চ মুখ্যৈঃ।
চিত্রে রথে পাণ্ডুসুতো বভাসে নক্ষত্রচিত্রে বিয়তীব চন্দ্রঃ ॥৫৩॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্বণি
দ্রোণাভিষেকে প্রথমদিনযুদ্ধাবহারে চতুর্দ্দশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

পোহাল্, লীকলাইনচিংবা হীয়াই কয়ানা থায়বা-হংলবা মথ মথক্ অঙ্গদা ওাহোইখি ॥৫৩॥

মকম্ অসিদা, শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনালেংবা সংহিতাদা, দ্রোণপর্ব্বদা, দ্রোণাভিষেককী মনুংদা প্রথমদিবসযুদ্ধাবহারে ( দ্রোণনা সেনাপতি ওইব অহান্‌বা নুমিৎকী লাল্-লোইবা ) গী তরামরিশুনা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## পঞ্চদশোঽধ্যায়ঃ।

( সংশপ্তকলাম্নীশিংগা থেংনবা অর্জ্জুননা লাঙ্গংবগী মতাং )

তরামঙাশুবা অধ্যায়ঃ।

—ঃ(০)ঃ—

সঞ্জয় উবাচ।

তে সেনে শিবিরং গত্বা ন্যবিশেতাং বিশাংপতে। যথাভাগং যথান্যায়ং যথাগুল্মঞ্চ সর্বশঃ ॥১॥
কৃত্বাবহারং সৈন্যানাং দ্রোণঃ পরমদুর্মনাঃ। দুর্যোধনমভিপ্রেক্ষ্য সব্রীড়মিদমব্রবীৎ ॥২॥
উক্তমেতন্ময়া পূর্বং ন তিষ্ঠতি ধনঞ্জয়ে। শক্যো গ্রহীতুং সংগ্রামে দেবৈরপি যুধিষ্ঠিরঃ ॥৩॥
ইতি তদ্বঃ প্রযততাং কৃতং পার্থেন সংযুগে। মা বিশঙ্কীর্বচো মহ্যমজেয়ৌ কৃষ্ণপাণ্ডবৌ ॥৪॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! কৌরবপাণ্ডবপক্ষ অনীমকী লান্মী পুম্নমকম্ বিধিনিয়ম কায়দ মাখী মাগী লানশংদা চঙহনা পোথানখি ॥১॥ অসোম্‌দা দ্রোণাচার্য্যমু মাগী তেঙ্গোন্-লান্মী পুম্নমক্‌পু পোথাহন্দুনা য়াম মথয়াই নুংঙাইতনা, দুর্য্যোধন লোম্‌দয়েংদুনা, ঐকাই ঈকাইনা অসুম হায়খি—॥২॥ নিংথৌ! ঐনা হায় হায়রবহনি—অর্জ্জুনগী করিগুম্বা লাক্লবদি, লাইরাম্‌মকসু যুধিষ্ঠিরমু থক্ কালাকপা ওম্‌গদবা নত্তে ॥৩॥ নখোয়না যুধিষ্ঠিরম্ ফাগে হায়রবা য়োৎনয়ঙ্গু,

অপনীতে তু যোগেন কেনচিচ্ছ্বেতবাহনে। তত এষ্যতি তে রাজন্! বশমেব যুধিষ্ঠিরঃ ॥৫॥
কশ্চিদাহূয় তং সংখ্যে দেশমন্যং প্রকর্ষতু। তমজিত্বা ন কৌন্তেয়ো নিবর্ত্তেত কথঞ্চন ॥৬॥
এতস্মিন্নন্তরে শূন্যে ধর্ম্মরাজমহং নৃপ।। গ্রহীষ্যামি চমূং ভিত্ত্বা ধৃষ্টদ্যুম্নস্য পশ্যতঃ ॥৭॥
অর্জ্জুনেন বিহীনস্তু যদি নোৎসৃজতে রণম্। মামুপায়ান্তমালোক্য গৃহীতং বিদ্ধি পাণ্ডবম্ ॥৮॥
এবং তেঽহং মহাবাহো। ধর্ম্মপুত্রং যুধিষ্ঠিরম্। সমানেষ্যামি সগণং বশমদ্য ন সংশয়ঃ ॥৯॥
যদি তিষ্ঠতি সংগ্রামে মুহূর্ত্তমপি পাণ্ডবঃ। অথাপযাতি সংগ্রামাদ্বিজয়াত্তু বিশিষ্যতে ॥১০॥

## সঞ্জয় উবাচ

দ্রোণস্য তদ্বচঃ শ্রুত্বা ত্রিগর্ত্তাধিপতিস্তদা। ভ্রাতৃভিঃ সহিতো রাজন্নিদং বচনমব্রবীৎ ॥১১॥
বয়ং বিনিকৃতা রাজন্! সদা গাণ্ডীবধন্বনা। অনাগঃস্বপি চাগস্তৎ কৃতমস্মাসু তেন বৈ ॥১২॥
তে বয়ং স্মরমাণাস্তান্ বিনিকারান্ পৃথগ্বিধান্। ক্রোধাগ্নিনা দহ্যমানা ন শেমহি সদা নিশি ॥১৩॥
স নো দিষ্ট্যাস্ত্রসম্পন্নশ্চক্ষুর্বিষয়মাগতঃ। কর্ত্তারঃ স্ম বয়ং কর্ম্ম যচ্চিকীর্ষাম হৃদ্গতম ॥১৪॥

---

অর্জ্জুনদি মহাকী রাশক্ অদু ঙাকদৌরিবনি—ঙাক্‌স্নু ঙাক্লে। অদুনা, কৃষ্ণ-অর্জ্জুন হায়বা অনী অসে, অমনা মায়থীবা ওস্মরোইদৌবনি—হায়বদি থক্ চিংনগনু ॥৪॥ অতুনা নিংথৌ করিগুম্বা উপায় অমনা অর্জ্জুনবু নাকল্ অমদা পুথোক্‌খ্রবতদা, যুধিষ্ঠিরবু নখা পোল্‌হন্‌বা ঙম্‌গনি ॥৫॥ অগনা হয়েংগী লান্দা অর্জ্জুনবু নহাকী লাম্নীশিংনা শীঙ্‌নহুনা মকম্ অমরোম্‌দা কৌথোক্লূনা পুথোক্‌হন্‌খো। অদুম্ তৌরবদি অর্জ্জুননা, মাবু কৌথোক্লিবা য়েক্লবশিং অদুবু ঙম্‌দনা থক্ হন্নহ্‌লোইদৌবনি ॥৬॥ নিংথৌ! অদুম্ তৌরবদি, তাঙ্গা অতুদা, ঐ, অর্জ্জুন য়াওদ্রবা পাণ্ডবলান্মীশিং অদুবু নম্‌থায়হনা, ধৃষ্টদ্যুম্ননচিংবা খ্বাইগী মাঙদা যুধিষ্ঠিরবু ফাগে ॥৭॥ অর্জ্জুন য়াওদ্রবা যুধিষ্ঠিরনা করিগুম্বা, ঐ লাকপা উবদা লান্‌থমদু থাদোকতুনা, অতৈ অমদা চৎখ্রিবদি, যুধিষ্ঠিরবু ফারগুম্বনি হায়না খল্লো ॥৮॥ মহারাজ! দুর্য্যোধন! অসুম্ তৌরবদি যুধিষ্ঠিরবু নংগী নখা পোলহল্লগনি। মাসিদা থক্ চিংনরগনু ॥৯॥ মতৌ অসুম্না মীকুপ্ অমতগীবু ওইরবসু ফারবদি, নত্রগা যুধিষ্ঠির মহাক্না লান্‌কম্‌দগী চেন্‌খ্রবদি, মথোয়নদি মদুনা লান্দা জয় ওইবদগীসু হেন্‌খ্রবনি ॥১০॥

সঞ্জয়না হায়:—মহারাজ! দ্রোণাচার্য্যগী ৱা অসি তাবদা ত্রিগর্ত্তদেশগী নিংথৌ সুশর্ম্মানা মনাওশিংগা লোয়ননা ৱা অসি দুর্য্যোধনদা হায়খি:—॥১১॥ "অর্জ্জুন হায়বসিনা সুমিৎচুপ্প ঐখোয়বু চোপ্‌হন্দুনা, মায়থীবা পীদুনত্ত লৈরিবনি। ঐখোয়দি মন্তোন্দা করিগুম্বদা থক্ লানুবা তৌখিদ্রে। অদুম্ ওইনমক্ মহাক্না সুমিৎচুপ্প ঐখোয়বু চোপ্‌হন্দুনঙাক্ লৈরি ॥১২॥ অর্জ্জুননা মমাঙৈদা ঐখোয়বু চোপ্‌হন্‌খিবা-রাহুনখিবশিংদু নীঙ্‌শিংঙ্‌বদা, পুক্নীংদা পোথাকম্ লৌগ্নিরবনি, তুম্ব চঙ্‌খিদ্রেনি ॥১৩॥ অহুনা ঙসিদি ঐখোয়গী লাইবক্ ফবনা, অর্জ্জুন অসি

ভবতশ্চ প্রিয়ং যৎ স্যাদস্মাকঞ্চ যশস্করম্‌। রয়মেনং হনিষ্যামো নিকৃষ্টায়োধনাদ্বহিঃ ॥১৫॥
(যুগ্মকম্‌)

অদ্যাস্বনর্জ্জুনা ভূমিরত্রিগর্ত্তাথবা পুনঃ। সত্যং তে প্রতিজানীমো নৈতন্মিথ্যা ভবিষ্যতি ॥১৬॥
এবং সত্যরথশ্চোক্তা সত্যবর্ম্মা চ ভারত। সত্যব্রতশ্চ সত্যেষুঃ সত্যকর্ম্মা তথৈব চ ॥১৭॥
সহিতা ভ্রাতরঃ পঞ্চ রথানাময়ুতেন চ। ন্যবর্ত্তন্ত মহারাজ! কৃত্বা শপথমাহবে ॥১৮॥
(যুগ্মকম্‌)

মালবাস্তুণ্ডিকেরাশ্চ রথানাময়ুতৈস্ত্রিভিঃ। সুশর্ম্মা চ নরব্যাঘ্রস্ত্রিগর্ত্তঃ প্রস্থলাধিপঃ ॥১৯॥
মাবেল্লকৈর্ললিথশ্চ সহিতো মদ্রকৈরপি। রথানাময়ুতেনৈব সোঽগমদ্‌ভ্রাতৃভিঃ সহ ॥২০॥
(যুগ্মকম্‌)

নানাজনপদেভ্যশ্চ রথানাময়ুতং পুনঃ। সমুত্থিতং বিশিষ্টানাং শপথার্থমুপাগমৎ ॥২১॥
ততো জ্বলনমানায্য হুত্বা সর্ব্বে পৃথক্‌ পৃথক্‌। জগৃহুঃ কুশচীরাণি চিত্রাণি কবচানি চ ॥২২॥
তে চ বদ্ধতনুত্রাণা ঘৃতাক্তাঃ কুশচীরিণঃ। মৌর্ব্বীমেখলিনো বীরাঃ সহস্রশতদক্ষিণাঃ ॥২৩॥
যজ্বানঃ পুত্রিণো লোক্যাঃ কৃতকৃত্যাস্তনুত্যজঃ। যোক্ষ্যমাণাস্তদাত্মানং যশসা বিজয়েন চ ॥২৪॥
ব্রহ্মচর্য্যশ্রুতিমুখৈঃ ক্রতুভিশ্চাপ্তদক্ষিণৈঃ। প্রাপ্যাল্লোঁকান সুযুদ্ধেন ক্ষিপ্রমেব যিযাসবঃ ॥২৫॥

---

ঐখোয়গী মাঙ্‌মক্তদা থোরকলে। অহুনা, লমন্‌ খুম্বা ওইনা অর্জ্জুনদা ঐখোয়না তৌগদৌরিবা থবক্‌ অসি, মহারাজদস্তু য়াম্না কান্নবা ঐখোয়গীস্তু মিংচৎ ওইগৌবা—অদুগুম্ব থবক্‌নি হায়রদি, ঐখোয়না অর্জ্জুনবু, দ্রোণাচার্য্যনা লৈরিবা মায়কৈদগী লাপ্প পুথোক্‌খিহুনা মহাক্না খেংনগনি ওয়গা হাংকনি ॥১৪—১৫॥ ওসিগী সুমিত্তা পৃথ্বীসিদা অর্জ্জুন লৈতবা অম, নত্রগ ত্রিগর্ত্ত লৈতবা অম, অনীগীমরক্তা অমদি শোয়রোই। নিংথৌ! রাশক্‌নুা হায়রিবসিনি। মসি শোয়ররোইদৌবনি ॥১৬॥ ভরতনন্দন, মহারাজ! সত্যরথ, সত্যব্রত, সত্যেষু সত্যকর্ম্ম,—সত্যবর্ম্মা-হায়রিবা ত্রিগর্ত্তগী মচীম্নাও মঙা অসি অস্তু হায়না রাশক্‌নুা হায়রগা রথী অযুত অম শেম্‌শাহুনা লাল্‌গীদমক্‌ খোরাং তৌহুনা তুমিন্‌ লৈখি ॥১৭—১৮॥ রথী অযুত অহুমগা লোয়নানা মালবশিং তণ্ডিকেরশিং অদুগা ত্রিগর্ত্তগী প্রস্থান্‌নগরীগী নিংথৌ সুশর্ম্মানা মাবেল্লক, লালিথ, মদ্রকশিংগা রথী অযুত অমগা অদুগা মনাওশিংগা লোয়নানা লাল্‌চঙ্‌খি ॥১৯—২০॥ অসিগী মথক্তা অতোপ্প দেশদগী লাকপ রথী অযুত অমস্তুং অর্জ্জুনগা শোন্নানি হায়হুনা লাল্‌গী শেম্‌ শাহুনা রাশন্নবা পুল্লপ লাক্‌খি ॥২১॥ লান্‌গী কিজোল্‌ শেৎহুনা কুশগী কৌপীন শেৎহুনা, মৈ পুরক্‌নুা তোঙাল্‌ তোঙাম্না হোম তৌখি ॥২২॥ মমাঙৈদা যজ্ঞ কয়া কয়া তৌহনা সনা লুপা লথা লখা দান তৌহুনা, গৃহস্থ অমগী ওৌনবী কর্ম্ম পুম্বা মপুংফানা তৌরবা অকন্‌বশিং অহুনা মাস্তুগী সুমিত্তা মশা অহু থীনা পুমৈতে তৈহুনা, লালফুরিৎনচিংবা শেৎচাহুনা, কুশতগী কৌপীন শেত্‌নুা, মৌর্ব্বীনা মেখলা (খ্‌বাংনপ) হাপ্‌নুা, লালগুম্বা অমদি মিংচৎ পাম্মহুনা, মাস্তুগীদমকস্তু সংকল্প তৌহুনা, ব্রহ্মচারী ওইহুনা বেদ পাঠ তৌহুনা অচুম্বা থিথিনা লাল্‌শোন্নহুনা স্বর্গ কাংগে হায়-

ব্রাহ্মণাংস্তর্পয়িত্বা চ নিষ্কান দত্ত্বা পৃথক পৃথক। গাশ্চ বাসাংসি চ পুনঃ সমাভাষ্য পরস্পরম্ ।২৬।
প্রজ্বাল্য কৃষ্ণবর্ত্মানমুপাগম্য রণব্রতম্। তস্মিন্নগ্নৌ তদা চক্রুঃ প্রতিজ্ঞাং দৃঢ়নিশ্চয়াঃ ॥২৭॥

( যুগ্মকম্ )

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

শৃণ্বতাং সর্ব্বভূতানামুচ্চৈর্বাচো বভাষিরে। সর্ব্বে ধনঞ্জয়বধে প্রতিজ্ঞাঞ্চাপি চক্রিরে ।২৮।
যে বৈ লোকাশ্চব্রতিনাং যে চৈব ব্রহ্মঘাতিনাম্। মদ্যপস্য চ যে লোকা গুরুদাররতস্য চ ।২৯।
ব্রহ্মস্বহারিণশ্চৈব রাজপিণ্ডাপহারিণঃ। শরণাগতঞ্চ ত্যজতো যাচমানং তথা ঘ্নতঃ ।৩০।
অগারদাহিনাঞ্চৈব যে চ গাং নিঘ্নতামপি। অপকারিণাঞ্চ যে লোকা যে চ ব্রহ্মদ্বিষামপি ॥৩১॥
স্বভার্য্যামৃত্যুকালেষু মোহাদ্বৈ নাভিগচ্ছতাম্। শ্রাদ্ধমৈথুনিকানাঞ্চ যে চাপ্যাত্মাপহারিণাম্ ।৩২।

---

বগী আশাদা ব্রাহ্মণশিংদা দানদক্ষিণা য়াম্না তৌহুনা, ফিরোন শন্নচিংবা দান তৌরগা, ব্রাহ্মণশিংবু পেল্‌হন্দুনা, অমগমগা মরুপ্‌ ওইনা থাদোক্লমুসি হায়না সংকল্প তৌহুনা, যুদ্ধগীদমক্‌ দীক্ষা লৌরগা, যজ্ঞগী মৈ থাগত্তুনা মৈ অহুগী মনাক্তা হোম তৌরগা রাশক্লখি ॥২৩—২৭॥
মখোয় পুম্ব খোঞ্জেল্‌ রাংনা খোল্লাউ অমতা ওইনা, অর্জ্জুন হাৎননবা, মত্তৌ অসুম্না রাশক্লখি ॥২৮॥

ওসিগী মুমিত্তা ঐখোয়না, অর্জ্জুনবু খিত্তা হাত্রবা,
নত্রগা মাবু কিহুনা, নিংহন্নহুনা খিত্তা মহল্লকৃলবা,
অহু ওইরবদি মীনম্বা, ব্রাহ্মণ হাৎপা য়ুথকৃপা,
গুরুগী লোয়নবীদা চওঙ্‌বদা, মখোয়সিনা তাবা নরকতো
ঐখোয়সু ওইরসনু মাহুদা তাখিবা ॥২৯॥
ব্রাহ্মণগী মরল্‌ হুরান্‌বা, নিংথৌনা পীবিবককৃথৎপা
চঙ্‌জববু তাম্থোকৃপা, নিবা লাক্‌চনবু হাত্তোকৃপা
মখোয়সিনা তাবা নরকতো, ঐখোয়সু ওইসনু মাহুদা তাবা ॥৩০॥
মীগী য়ুম্‌ মৈ থাবা, ষণ্‌ হাৎপা, মীগী মাঙ্‌নবত্তা খন্‌বা
বেদবু নিন্দা তৌবা নাস্তিক—মখোয়সিনা তাবা নরকতো,
ঐখোয়সু ওইরসনু মাহুদা তাখিবা ॥৩১॥
ঋতুস্নানগী মতুংদা ঋতুপালন তৌবিদবা
অহল্লমনৃগী শ্রাদ্ধ মুমিত্তা, মুপীগা তিন্নখোৎনরুবা
মশানা মশাবু মীনমুজবা, মখোয়না তাবা নরকতো
ঐখোয়সু ওইরসনু মাহুদা তাখিবা ॥৩২॥

ত্যাগাপহারিণাং, যে চ ক্রতুং নাশয়তাঞ্চ যে। ক্লীবেন যুধ্যমানানাং যে চ নীচানুসারিণাম্ ॥৩৩॥
নাস্তিকানাঞ্চ যে লোকা যেঽগ্নিমাতৃপিতৃত্যজাম্। তানাপ্নুয়ামহে লোকান্ যে চ পাপকৃতামপি ॥৩৪॥
যদ্যহত্বা বয়ং যুদ্ধে নিবর্ত্তেম ধনঞ্জয়ম্। তেন চাভ্যর্দ্দিতাস্ত্রাসাদ্ভবেমহি পরাঙ্মুখাঃ ॥৩৫॥
(কুলকম্)

যদি ত্বসুকরং লোকে কর্ম্ম কুর্য্যাম সংযুগে। ইষ্টাল্লোকান্ প্রাপ্নুয়ামো বয়মদ্য ন সংশয়ঃ ॥৩৬॥
এবমুক্ত্বা তদা রাজন্! তেঽভ্যবর্ত্তন্ত সংযুগে। আহ্বয়ন্তোঽর্জ্জুনং বীরাঃ পিতৃজুষ্টাং দিশং প্রতি ॥৩৭॥
আহূতস্তৈর্নরব্যাঘ্রঃ পার্থঃ পরপুরঞ্জয়ঃ। ধর্ম্মরাজমিদং বাক্যমপদান্তরমব্রবীৎ ॥৩৮॥
আহূতো ন নিবর্ত্তেয়মিতি মে ব্রতমাহিতম্। সংশপ্তকাশ্চ মাং রাজন্! আহ্বয়ন্তি মহামৃধে ॥৩৯॥
এষ চ ভ্রাতৃভিঃ সার্দ্ধং সুশর্ম্মাহ্বয়তে রণে। বধায় সগণস্যাস্য মামনুজ্ঞাতুমর্হসি ॥৪০॥
নৈতচ্ছক্নোমি সংসোঢ়ুমাহ্বানং পুরুষর্ষভ!। সত্যং তে প্রতিজানামি হতান্ বিদ্ধি পরান্ যুধি ॥৪১॥

---

মীনা লোচ্চবা হুরান্বা, মীনা কচ্চবা মাঙহন্বা,
কিরবপাঙ্গ্রবগা য়েনগন্বা অতোন্ব মীগী তুংইনবা,
—মখোয়সিনা তাবা নরকতো—
ঐখোয়সু ওইরসনু মাহুদা তাবা ॥৩৩॥
ঈশ্বরবু থাজদবা নাস্তিক ওইবা, মমা মপা মৈগী পুজা তোদবা
পাপপুণ্য য়েংদবা থোয়বা, মখোয়সিনা তাবা নরকতো
ঐখোয়সু ওইরসনু মাহুদা তাবা ॥৩৪॥
অসিনত্তবা অতৈ অতৈ পাপকী, থবক্ত তৌরবা মখোয়না
তাখিবা নরক অহুদা, অর্জ্জুনবু কিবদগী নীঙহন্নরব।
ঐখোয়সু ওইরসনু মাহুদা তাখিবা ॥৩৫॥

"অহুগা ঐখোয়না জগৎ অসিদা অ.তাপ্পা অমনা তৌবা ঙম্দ্রবা থবক্ অসিবু লান্দা তৌবা পাঙ্থোক্পা ঙম্মবদি ঐখোয় শোয়দনা স্বর্গ কংবদি শোয়দ্রবনি" ॥৩৬॥ মহারাজ! মতৌ অদুম্না অকন্বশিং অদুনা রাশরুহুনা, অর্জ্জুনগা পানগে হায়দুনা লালকম্দা থোক্লুনা লান্গী শেম্শাদুনা, য়াম্না লাঙতক্নুনা লৈনখি ॥৩৭॥ মখোয়না অসুম্না শীঙনহুনা অর্জ্জুনবু কৌথোক্লকপা মতম্ অদুদা, য়েক্লবা ঙম্বা অকন্বা অর্জ্জুননা, মরাম্সুং যুধিষ্ঠিরগী নাক্ত চঙ্শিন্খিহুনা অসুম্না হায়খি—॥৩৮॥ "য়াম্সুং মহারাজ! কনাগুম্বনা ঐবু লান্দা শীঙ্নহুনা কৌথোক্লবদি, ঐ থক্ হন্নোই—অসুম্ হায়বা ঐগী রাশক্ অমদি ব্রত অমা লৈ। অদুগী হৌজিক্, ঐবু হাংকনি হায়না রাশক্থ্রবা সংশপ্তকশিং অসিনা ঐবু শোক্লসি হায়না কৌথোক্লি" ॥৩৯॥ অদুগা মনাও-শিংগা লোয়ননা সুশর্ম্মানসু ঐবু কৌথোক্লি—শীঙনরি। অদুমা, সুশর্ম্মাবু মহাক্কী থোঙ্লোয়শিংগা লোয়ননা হাৎলুনবা য়াথং পীনবিয়ু ॥৪০॥ নিপা অথোইবা, য়াম্মুং নিংথৌ! কৌথোক্লিবা

## যুধিষ্ঠির উবাচ

শ্রুতং তে তত্ত্বতস্তাত। যদ্দ্রোণস্য চিকীর্ষিতম্। যথা তদনৃতং তস্য ভবেত্তত্ত্বং সমাচর ॥৪২॥
দ্রোণো হি বলবান্ শূরঃ কৃতাস্ত্রশ্চ জিতশ্রমঃ। প্রতিজ্ঞাতঞ্চ তেনৈতদ্গ্রহণং মে মহারথ। ॥৪৩॥

## অর্জ্জুন উবাচ

অয়ং বৈ সত্যজিদ্রাজন্নদ্য ত্বাং রক্ষিতা যুধি। ম্রিয়মাণে চ পাঞ্চাল্যে নাচার্য্যঃ কামমাপ্স্যতি ॥৪৪॥
হতে তু পুরুষব্যাঘ্রে রণে সত্যজিতি প্রভো।। সর্ব্বৈরপি সমেতৈর্ব্বা ন স্থাতব্যং কথঞ্চন ॥৪৫॥

## সঞ্জয় উবাচ

অনুজ্ঞাতস্ততো রাজ্ঞা পরিষক্তশ্চ ফাল্গুনঃ। প্রেম্ণা দৃষ্টশ্চ বহুধা হ্যাশিষশ্চাস্য যোজিতাঃ ॥৪৬॥
বিহায়ৈনং ততঃ পার্থস্ত্রিগর্ত্তান্ প্রত্যযাদ্বলী। ক্ষুধিতঃ ক্ষুদ্বিঘাতার্থং সিংহো মৃগগণানিব ॥৪৭॥
ততো দৌর্য্যোধনং সৈন্যং মুদা পরময়া যুতম্। ঋতেঽর্জুনং ভৃশং ক্রুদ্ধং ধর্ম্মরাজস্য নিগ্রহে ॥৪৮॥

---

শীঙনরিবসে, ঐ তুমিন্না তাত্থনা, খাওত্থনা লৈবা ওম্ত্রে। ঐস্ন য়াম্বুংদা য়াশকৃচরি ওসিগী সুমিত্তা য়েক্ন্নবশিং অসিবু শোয়দনা হাচ্চগে, হাংলগুম্বনি হায়না খওবিয়ো ॥৪১॥ যুধিষ্ঠিরনা হায় ;— ঈবুঙো! অকন্বা, অর্জ্জুন! দ্রোণনা ওসি তৌগে খল্লিবদুদি নংস্ন খঙলেদো। অদুনা দ্রোণনা খল্লিবসে, অরেম্বা-কান্নদবা ওইখিনবসি নংনা শীল্লু ॥৪২॥ "মহারথী অর্জ্জুন! দ্রোণ হায়বসে কন্থ্রবনি, খুৎলায় পুম্বগী আচার্য্যনি। অসিগী মথক্তা নোম্বা কন্ব-হন্দবা চোকৃথবা লৈতবা নিপানি। মহাকৃনস্ন ঐবু ফাগে হায়না য়াশকৃলি" ॥৪৩॥ অর্জ্জুননা হায় :— য়াম্বুং মহারাজ! সত্যজিৎ হায়বা পাঞ্চালগী অকন্বা রথী অসিনা য়াম্বুংবু ঙাকৃশেন্দুনা লৈবিগনি। পাঞ্চালগী অকন্বা নিপা অসিনা য়াম্বুংবু ঙাকৃশেন্দুনা লৈরিবমখৈ, দ্রোণনা মহাক্না নিঙলিবসি থক্ থুংবা ঙমলোই ॥৪৪॥ "অদুগা য়াম্বুং মহারাজ! সত্যজিৎ হায়বসিনা করিগুম্বা মথ্ৱাই থাগ্রবদি, ময়াম্ খ্ৱাই অকন্বশিংগা তিন্নরবস্ন, য়াম্বুংনা করিগুম্বদা দ্রোণগী মাঙদা লেপ্লিরুরোইদৌবনি ॥৪৫॥" সঞ্জয়না হায় :—অস্নুম্না ঙাঙ্ন-ঙাঙ্ননা নোংঙাল্লবদা, যুধিষ্ঠিরনা, অর্জ্জুনদা, সংশপ্তক লাম্মীশিংগা শোক্লকুয়ো হায়না য়াথং পীখ্রে। যুধিষ্ঠিরনা মনাও অর্জ্জুনবু কোন্দুনা চুপ্থুনা, মকোক্তা নান্দুনা, আশীর্ব্বাদ বরদানগা লোয়ননা বিদায় তৌখি ॥৪৬॥ অদুগী তুংদা লান্নবা, থোয়বা নোংশানা শজীশংঙাই মরক্তা চেন্শিন্ হোৎচিন্খিবগুম্ অর্জ্জুন অসি ত্রিগর্ত্তগী লাম্মী মরক্তা হোৎচিন্খি ॥৪৭॥ অর্জ্জুননা অমরোম্দা থোকখ্রবা মতম্সিদা দুর্য্যোধনগী লাম্মীশিংনা য়াম্না হুয়াউনা অশাউবগা লোয়ননা, যুধিষ্ঠিরবু ফাননবা, চেৎকৃশিন্না শেম্শাদুনা লৈখি ॥৪৮॥

ততোঽশ্বোত্তেন তে সৈন্যে সমাজগ্মুস্তুরোজসা। গঙ্গাসরব্বো বেগেন প্রাবৃষীবোদধেয়ে ॥৪৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি

সংশপ্তকবধে অর্জ্জুনপ্রয়াণে পঞ্চদশোঽধ্যায়ঃ ॥১৫॥ *

---

অদুগী তুংদা, বর্ষাগী মতম্দা, ইথক্ ইপোম্ হৌরবী গঙ্গাগা সরযুগা অনীনা তিন্নথিবগুম্ কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীগী লান্মীশিং অদু অকিবা কংনা হক্থেংনখি ॥৪৯॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা সংশপ্তকবধগী মমুংদা অর্জ্জুনপ্রযাণগী তরামঙা শুবা অধ্যায় লোইরে ॥১৫॥

# শ্রীমহাভারতম্

## ষোড়শোঽধ্যায়

(সুধন্বা হাৎপগী মতাং)

তরাতরুকশুবা অধ্যায়

—:*:—

### সঞ্জয় উবাচ

ততঃ সংশপ্তকা রাজন্! সমে দেশে ব্যবস্থিতাঃ। ব্যূহ্যানীকং রথৈরেব চন্দ্রার্দ্ধাখ্যং মুদা যুতাঃ ॥১॥

তে কিরীটিনমায়ান্তং দৃষ্ট্বা হর্ষেণ মারিষ!। উদক্রোশন্ নরব্যাঘ্রাঃ শব্দেন মহতা তদা ॥২॥

স শব্দঃ প্রদিশঃ সর্ব্বা দিশঃ খঞ্চ সমাবৃণোৎ। আবৃতত্বাচ্চ লোকস্য নাসীত্তত্র প্রতিস্বনঃ ॥৩॥

সোঽতীব সংপ্রহৃষ্টাংস্তানুপলভ্য ধনঞ্জয়ঃ। কিঞ্চিদভ্যুৎস্ময়ন্ কৃষ্ণমিদং বচনমব্রবীৎ ॥৪॥

পশ্যৈতান্ দেবকীমাতঃ! মুমূর্ষূনদ্য সংযুগে। ভ্রাতৄংস্ত্রৈগর্ত্তকানেবং রোদিতব্যে প্রহর্ষিতান্ ॥৫॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! আসগী তুংদা, সংশপ্তক হায়রিবা অকনবা লান্মীশিং অসিনা যাম্না নুংঙাইশিদুনা, মখোয়গী লান্মী পূম্ববু অর্দ্ধচন্দ্র কৌবা শেহ্ শাদুনা, লৈতেম্ মায়রবা মফম্ অমদা থম্খি ॥১॥ ঈকায় খুম্নবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ! অদুদগীদি, অকন্বশিং অসিনা অর্জ্জুন লাক্পা উবদা, নুংঙাইশিদুনা লাউ-খোংদুনা অর্জ্জুনবু শীঙনদুনা কৌরক্ই—॥২॥ লাউনরক্পা খোঞ্জেল অদুনা মায়কৈপুম্বা পূম্থলথন্খি। খোঞ্জেল অদুনা মায়কৈপুম্বদা শন্দোক্লখিবনা, মীগী নাকোংদা চঙ্‌ননবগী শরুক্ অমত্ত লেম্হৌদ্রে ॥৩॥ মখোয়না যাম্না লাংবদু উবদা যোমোন্ নোকদুনা অর্জ্জুননা সারথি কৃষ্ণদা অস্নুম্না হায়রক্ই ॥৪॥ য়েংঙু, কৃষ্ণ! ত্রিগর্ত্তগী

অথবা হর্ষকালোঽয়ং ত্রৈগর্ত্তানামসংশয়ম্। কুনরৈদুর্র্লভান্ হি লোকান্ প্রাপ্স্যন্ত্যনুত্তমান্ ॥৬॥
এবমুক্ত্বা মহাবাহুর্হৃষীকেশং ততোঽর্জ্জুনঃ। আসসাদ রণে ব্যূঢ়াং ত্রিগর্ত্তানামনীকিনীম্ ॥৭॥
স দেবদত্তমাদায় শঙ্খং হেমপরিষ্কৃতম্। দধ্মৌ বেগেন মহতা ঘোষেণাপূরয়ন্ দিশঃ ॥৮॥
তেন শব্দেন বিত্রস্তা সংশপ্তকবরূথিনী। নিশ্চেষ্টাঽবস্থিতা সংখ্যে অশ্মসারময়ী যথা ॥৯॥
বাহাস্তেষাং বিবৃত্তাক্ষাঃ স্তব্ধকর্ণশিরোধরাঃ। বিষ্টব্ধচরণা মূত্রং রুধিরঞ্চ প্রসুস্রুবুঃ ॥১০॥
উপলভ্য চ তে সংজ্ঞামবস্থাপ্য চ বাহিনীম্। যুগপৎ পাণ্ডুপুত্রায় চিক্ষিপুঃ কঙ্কপত্রিণঃ ॥১১॥
তান্যর্জুনঃ সহস্রাণি দশপঞ্চৈবমাশুগৈঃ। অনাগতান্যেব শরৈশ্চিচ্ছেদাশু পরাক্রমী ॥১২॥
ততোঽর্জুনং শিতৈর্বাণৈর্দশভির্দশভিঃ পুনঃ। প্রাবিধ্যন্ত ততঃ পার্থস্তানবিধ্যত্রিভিস্ত্রিভিঃ ॥১৩॥
একৈকস্তু ততঃ পার্থং বাণন্। বিব্যাধ পঞ্চভিঃ। স চ তান্ প্রতিবিব্যাধ দ্বাভ্যাং দ্বাভ্যাং পরাক্রমী ॥১৪॥
ভূয় এব তু সংক্রুদ্ধাস্বর্জুনং সহকেশবম্। আপূরয়ন্ শরৈস্তীক্ষ্ণৈস্তড়াগমিব বৃষ্টিভিঃ ॥১৫॥

---

সুশর্ম্মাগী লান্মীশিং অসিনা ঐগা য়াম্ন শোক্লনীঙলি। ঙসিদি মখোয় লোইনা শিনিংলমাল্লে। অদুনা, কপ্লনবগী মতম্‌সিদা, নোকপা শারি ॥৫॥ অদুগা, অমরোম্‌দা হায়রগদি, ত্রিগর্ত্তশিং অসিগীদি হয়াঙ-নুংঙাই হৌবগী মতম্‌বুদি মতম্‌নি। মরম্‌দি পাপীগী মীচঙ্ চঙ্‌লবা পাপীশিং অসিনা লান্দা মমায় ওন্দনা মথ্‌ৱাই থাজদুনা, তাঙ্‌লব স্বর্গ ফংজগদৌরি ॥৬॥ কল্লবা অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা অস্নুম্না হায়দুনা, লানকম্ অদুদা মাগী লান্মীশিংবু ব্যূহগী মওংদা শেম্‌শাদুনা থম্লগা, ত্রিগর্ত্তগী লান্মী তেঙ্গোলগী মনাক্ত চঙশিন্‌খি ॥৭॥ দেবদত্ত কৌব সনা হৎলবা মোইবুং অদু পায়খত্তূনা হৌনা খোংগৎখি। মোইবুংদুমতগী খোল্লেম্না, মায়কৈ পুম্বা পুম্‌নিন নিন্‌খি ॥৮॥ খোল্লেল অদু তাবদা সংশপ্তক লান্মীশিংনা থোইনা কিখিদুনা, লান্‌কম্ অদুদা নুংনা শাবা মূর্ত্তিগুম্ তুকক্ তুকাই চন্দুনা ভুমিল্ল লৈনখি ॥৯॥ মখোয়গী শগোল্ শামু পুন্নমক্, কিবনা মমিৎ ঙ্ৱাং-ঙোং ওন্‌খত্তূনা, মনাকোং চপ্ চপ্ য়ুংখত্তূনা, লেঙ্‌দনা মরায় হায়গত্তূনা, মখোঙ্‌দু লেঙ্‌বা-কাওবা তৌদনা, খঙ্‌হৌদন' মপান্ থোক্‌তোক্‌খি, মাংথোক্লখি। কনা-কনাগুম্বনা অতৎঅথম্ লৈতনা ঈ ওখি ॥১০॥ ঙহাক্ লৈরগা মখোয়পুম্বদু জ্ঞান তারক্তূনা, অমগমগা থেম্‌জিন্নদুনা, পুক্নীং থৌগৎনদুনা, মখোয়ময়াম্না অমত্ত ওইনা হৌদুনা, অর্জ্জুনদা অতৎ অথমলৈতনা কাপ্‌শিল থাজিল্লক্লে ॥১১॥ মখোয়না কাপ্‌লক্‌পা তেল চামঙাবু, অর্জ্জুননা লম্নখাঙ্‌দা থৌরবা তেন্না কক্‌থত্তূনা থাদখি ॥১২॥ অদুগী তুংদা অদুকুয়াম্বা মখোয় অমময়া অর্জ্জুনতম্না তেল তরা-তরা কাপ্‌শিল্লক্‌ই। মখোয়দুবুদু অর্জ্জুননা অমুক্তদা থৌরবা তেন্না কক্‌তুনা থাদখি। অদুগা মখোয় অমমমদা তেল অহুম-অহুম্না থাখি ॥১৩॥ মহারাজ! অদুদগী সংশপ্তকশিং অদুগী অমময়া তেল মঙা মঙানা অর্জ্জুনদা কয় কয় থাখি। মতম্ অদুদা শাউরবা অর্জ্জুননা মখোয় অমমম্‌দা তেল অনী অনীনা থাখি ॥১৪॥ অদুগী তুংদা, নোংগী মনীং লাক্‌কম্লবা মরীনা পুখ্রী অমবু পীক্

ততঃ শরসহস্রাণি প্রাপতন্নর্জুনং প্রতি। ভ্রমরাণামিব ব্রাতাঃ ফুল্লং দ্রুমগণং বনে ॥১৬॥
ততঃ সুবাহুস্ত্রিংশদ্ভিরদ্রিসারময়ৈর্দৃঢ়ৈঃ। অবিধ্যদিষুভির্গাঢ়ং কিরীটে সব্যনাচিনম্ ॥১৭॥
তৈঃ কিরীটী কিরীটস্থৈর্হেমপুঙ্খৈরজিহ্মগৈঃ। শাতকুম্ভময়াপীড়ো বভৌ যূপ ইবোচ্ছ্রিতঃ ॥১৮॥
হস্তাবাপং সুবাহোস্তু ভল্লেন যুধি পাণ্ডবঃ। চিচ্ছেদ তঞ্চৈব পুনঃ শরবর্ষৈরবাকিরৎ ॥১৯॥
ততঃ সুশর্ম্মা দশভিঃ সুরথশ্চ কিরীটিনম্। সুধর্ম্মা সুধনুশ্চৈব সুবাহুশ্চ সমার্পয়ৎ ॥২০॥
তাংস্তু সর্ব্বান্ পৃথগ বাণৈর্বানরপ্রবরধ্বজঃ। প্রত্যবিধ্যদ্ধ্বজাংশ্চৈষাং ভল্লৈশ্চিচ্ছেদ সায়কান্ ॥২১॥
সুধন্বনো ধনুশ্ছিত্বা হয়াংশ্চাপ্যবধীচ্ছরৈঃ। অথাস্য সশিরস্ত্রাণং শিরঃ কায়াদপাহরৎ ॥২২॥
তস্মিন্ নিপতিতে বীরে ত্রস্তাস্তস্য পদানুগাঃ। ব্যদ্রবন্ত ভয়াদ্ভীতা যত্র দৌর্য্যোধনং বলম্ ॥২৩॥
ততো জঘান সংক্রুদ্ধো বাসবিস্তাং মহাচমূম্। শরজালৈরবিচ্ছিন্নৈস্তমঃ সূর্য্য ইবাংশুভিঃ ॥২৪॥
ততো ভগ্নে বলে তস্মিন্ বিপ্রলীনে সমন্ততঃ। সব্যসাচিনি সংক্রুদ্ধে ত্রৈগর্ত্তান্ ভয়মাবিশৎ ॥২৫॥
তে বধ্যমানাঃ পার্থেন শরৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ। অমুহ্যংস্তত্র তত্রৈব ত্রস্তা মৃগগণা ইব ॥২৬॥

থলহন্‌খিবহুগুম্না, লাম্নীশং অহুনা থৌর-থৌরবা তেম্না কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক্‌পু কূপ্‌খি ॥১৫॥ মতম্ অহুদা মশীং লাক্‌ঙমন্ত্রবা খোইমুগী মপেনা লৈগী লৈথক্তা তো লবগুম্, তেল্‌লিশিং-লিশিংনা অর্জ্জুনগী মথক্তা তাররে। ॥১৬॥ মতম্ অহুদা, সুবাহু হায়বা অকন্‌বহুনা, থৌরবা তেলকুহ্‌ান অর্জ্জুনগী কোক্ত উপলিবা লুহুপ্ অহুদা কম্না থাখি ॥১৭॥ মতম্ অহুদা, সনানা মতোন্দা পুম্‌যোম্ য়োম্লবা যজ্ঞগী যুম্বীগুম্না, সনানা তেনা পাল্লবা তেলাশং অহুনা অর্জ্জুনগী লুহুপতা যুংযুং লৈহনা থোইদোক্না নীঙথিজখি ॥১৮॥ ভহাক্ লৈরগা তা-মচীন শাবা থৌরবা তেল অমনা অর্জ্জুননা, সুবাহুগী মখুত্তা হাপ্‌লিবা খুথাঙ্ অহু কক্‌থত্তুনা থাদখি। অহুদগী তেল মনম্ মনম্ কাপ্‌শিল্লক্‌ূনা অর্জ্জুননা সুবাহুবু তেন্তনা পুম্‌য়োম্ য়োম্‌খ্রে ॥১৯॥ অহুগী তুংদা সুশর্ম্মা সুরথ, সুধর্ম্মা, সুধনু, সুবাহু—মখোয় অসিগী অমময়া তেল অনীনী শক্‌ূনা অর্জ্জুনদা থাখি ॥২০॥ মতম্ অহুদা, অর্জ্জুননা মখোযসিং অহুগী অমমমদা তেম্না তোঙাল্ তোঙাম্না কম্ন থাখি। তা মচীন্ শাবা তেম্না মখোযশিং অহুগী কিয়াল্ অমদি লীরুং তেল্ লোইনা কক্‌থংখি ॥২১॥ অর্জ্জুনন সুধন্বাগী—লীরুং অমদি শগোলশিং অহুবু থৌরবা তেম্না কক্‌থংখি—হাংাখ ভহাক লৈরগা—সুধন্বাগী লুহুপকা লোযনরবা কোক্ অহু কক্কুনা থাদখি ॥২২॥ সুধন্বাবু চাংথ্রবতুং অসিদা; মহাক্কী খোঙলোয় লাম্নীশিং অহুনা কিবনা নিংদোল্ চেঙ্‌গুম্ চেন্‌গানহুনা, দুর্য্যোধনগী লাম্না তেঙ্গোম লৈরিবা মফম্ অহু তাম চেনখ্রে ॥২৩॥ অহুগীতুংদা পুমিৎনা মাগী মশেক্-মঙাম অমত্থবু মাঙ্‌হনবহুগুম্না, অর্জ্জুননা থোইদোক্না শাউথিহুনা তেলগী মপৈ-মপেনা পাক্-চাউরবা লাম্নী তেঙ্গোল অহুবু তুম্না মাঙহন্‌খি ॥২৪॥ অহুগী তুংদা অর্জ্জুননা য়াম্না শাউনা লাক্‌শিল্লক্‌পা মতম্ অহুদা সংশপ্তকলাম্নীশিংনা কায়হুনা চেল্লরবহুদা, ত্রিগর্ত্তগী লাম্নী শিংনী থম্মোয়দা ভুম্‌থৈলৈভবা অকিবা পোক্‌খি ॥২৫॥ অসিগী তুংদা থৌর-থৌরবা তেলগী মপেনা অর্জ্জুননা

ততস্ত্রিগর্ত্তরাট্ ক্রুদ্ধস্তানুবাচ মহারথান্। অলং ক্রুতেন বঃ শূরা ন ভয়ং কর্ত্তুমর্হথান্ ২৭ ।
শপ্ত্বা তু শপথান্ ঘোরান্ সর্ব্বসৈন্যস্য পশ্যতঃ। গত্বা দৌর্য্যোধনং সৈন্যং কিং বৈ বক্ষ্যথ মুখ্যাঃ ।২৮।
নাবহাস্যাঃ কথং লোকে কর্ম্মণানেন সংযুগে। ভবেম সহিতাঃ সর্ব্বে বিনর্ত্তধ্বং যথাবলম্ ।২৯।
এবমুক্তাস্তু তে রাজন্। উদক্রোশন্ মুহুর্মুহুঃ। শঙ্খাংশ্চ দধ্মিরে বীরা হর্ষয়ন্তঃ পরস্পরম্ ।৩০।
ততস্তে সংন্যবর্ত্তন্ত সংশপ্তকগণাঃ পুনঃ। নারায়ণাশ্চ গোপালা মৃত্যুং কৃত্বানিবর্ত্তনম্ ।৩১

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
সংশপ্তকবধে সুধন্ববিনাশে ষোড়শোঽধ্যায়ঃ ।০। *

---

অম্বুম্বুম্ থাজিল্ হাচ্চিল্লক্লবদুদা, সংশপ্তক লাম্মীপুম্নমক্—কৈগী মমাঙদা কিরবা শজীমপৈগুম্না তৌকম্ খঙ্লক্ত্রে গুম্ হৎখ্রে ॥২৬॥ অসিগী তুংদা, ত্রিগর্ত্তগী নিংথৌ সুশর্ম্মানা থোইদোক্না শাউখিদুনা মহারথীশিংদা অম্বুম্না হায়খি ঃ—"অকন্ব মহারথী পুম্নমক্! কনা অমত চেন্‌বিগনু। করিমত কিবিগনু, ঐ লৈ" ॥২৭॥ অকন্বা নখোয়না কৌরব লাম্মী পুম্নমকী মমাঙদা অকিব-ফংনা রাশক্তুনা লাক্লগ, কিদুনা চেল্লবদি দুর্য্যোধনগী মকম্‌দা করি হায়না পাউতাম্বিরুগদৌ-রিবনো ? ॥২৮॥ "পাণ্ডবগী অসিগুম্বা থবক্ আস তৌরবদি, জগৎ অসিদা ঐখোয়পুম্বসি মীশিংবাইগী মকম্‌দা নোক্লকম্ ওইররোইদ্রা। - অদুনা অকন্বশিং নখোয়না 'অঙম্ অঙম্বা শাক্তনা নখৌদাং তৌগুনা লান্‌কম্ অসিদা নতীক্ নগুণ উংলম্মু" ॥২৯॥ মহারাজ! সুশর্ম্মানা মতৌ অম্বুম্না লাউরক্লবদা, কৌরব লাম্মীশিং অদু মপুক্লীং থৌগৎনখিদুনা য়াম্না হরাউনা, জয়ধ্বনি লাউনখি, মোইবুং খোংগৎনখি ॥৩০॥ অদুদগীদি, সংশপ্তক লাম্মী পুম্নমক্ অদুগা গোপ জাতিগী পারায়ণ লাম্মী পুম্নমক্ অদু, লাল্‌কম্‌দগী চেন্‌গদবগী শরুক্পুদি, মশিরুরগে হায়না অম্নুক্ মমায় ওন্‌শিন্নরক্লে ॥৩১॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোনপর্ব্বদা সংশপ্তকবধগী মনুংদা সুধন্ববিনাশগী তরাতরুক্‌গুনা অধ্যায় লোইরে ॥০॥ ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## সপ্তদশোঽধ্যায়ঃ

( নারায়নী সৈন্যগা অর্জ্জুনগা কন্না থেংনবা )

তরাতরেৎশুবা অধ্যায়ঃ

—:○:—

সঞ্জয় উবাচ।

দৃষ্ট্বা তু সন্নিবৃত্তাংস্তান্ সংশপ্তকগণান্ পুনঃ। বাসুদেবং মহাত্মানমর্জ্জুনঃ সমভাষত ॥১॥
চোদয়াশ্বান্ হৃষীকেশ ! সংশপ্তকগণান্ প্রতি। নৈতে হাস্যন্তি সংগ্রামং জীবন্ত ইতি মে মতিঃ ॥২॥
পশ্য মেঽস্ত্রবলং ঘোরং বাহ্বোরিষ্বসনস্য চ। অদ্যৈতান্ পাতয়িষ্যামি ক্রুদ্ধো রুদ্রঃ পশূনিব ॥৩॥
ততঃ কৃষ্ণঃ স্মিতং কৃত্বা প্রতিনন্দ্য শিবেন তম্। প্রাবেশয়ত দুর্দ্ধর্ষো যত্র যত্রেচ্ছদর্জ্জুনঃ ॥৪॥
স বভৌ রাজতেঽত্যর্থমুহ্যমানো রণে তদা। উহ্যমানমিবাকাশে বিমানং পাণ্ডুরৈর্হয়ৈঃ ॥৫॥
মণ্ডলানি ততশ্চক্রে গতপ্রত্যাগতানি চ। যথা শক্ররথো রাজন্। যুদ্ধে দেবাসুরে পুরা ॥৬॥
অথ নারায়ণাঃ ক্রুদ্ধা বিবিধায়ুধপাণয়ঃ। ছাদয়ন্তঃ শরব্রাতৈঃ পরিবব্রুর্ধনঞ্জয়ম্ ॥৭॥
অদৃশ্যঞ্চ মুহূর্ত্তেন চক্রুস্তে ভরতর্ষভ !। কৃষ্ণেন সহিতং যুদ্ধে কুন্তীপুত্রং ধনঞ্জয়ম্ ॥৮॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—সংশপ্তক লাম্মীশিংনা অমুক্ হাঞ্জিল্লরক্পহু উবদা, অর্জ্জুননা পুক্চেল্চাউরবা কৃষ্ণনা অমুম্না হায়রকই :—॥১॥ "কৃষ্ণ ! রথ অসি—সংশপ্তক্ লাম্মীশিংনা লৈরিবা অসোমদা থোজল্ল,। মথোয় অসি হিংনা-হিংনদি লাল্কম্দগী হন্দোক্লরে। হায়ব য়ারোইদৌরি, অমুম্ হায়না ঐনা খল্লি ॥২॥ কৃষ্ণ ! অর্জ্জুন ঐগী পাম্বোম্গী পাজল, গাণ্ডীবগী শক্তি অসিসু ময়েংঙু। শাউরবা রুদ্র-পশুপতিনা, দানবশিংবু নৈহৎপা হাৎপা অহুগুম্না, ঐসু ঙাস সংশপ্তক লাম্মীশিংবু নৈহৎকে-লোইথোক্কে ॥৩॥ লাক্ণম্-কাওম্লরবা কৃষ্ণনা মোমোম্নোক্তুনা মঙ্গলগী মীৎয়েংনা অর্জ্জুনলোমদা য়েংহুনা—"অর্জ্জুন ! নহাক্না চৎনিং-য়োনিংবা মকম্দা রথ অসি থৌজিন্গে ॥৪॥ ঙৌরব শগোম্লচিংবা বিমাননা নোংমদোন্ য়োনা পাইথৎপ্রগা কজবহুগুম্না ঙৌরবা শগোলমখিনা-চিংবা, অর্জ্জুনগী রথ অহুনা লালকম্দা থোইনা নীঙথিজরম্মি ॥৫॥ মহারাজ ! অহুগী ভুংদা মমাংদা লাইহিংচাবগী লাঞ্জাওদা ইন্দ্রগী রথনা কজব নীঙথিবহুগুম্না, য়াম্না কজনা, অর্জ্জুনগী রথ অহুনা লালকম্ মকম্ পুম্বদা হজৎ-হন্দ। কোয়চৎ চত্নুনা থোইনা নীঙথিজখি ॥৬॥ অহুগী ভুংদা সংশপ্তক লাম্মী পুম্নমক্না, খুৎলায় পায়বা নারায়ণী সৈন্য পুম্নমক্না য়াম্না শাউথিজুনা থৌন-থৌরবা খুৎলায়গী মপৈনা অর্জ্জুনবু কৃম্নগা, মহাক্পু মায়কৈ মখিদগী কোয়শিন্খে ॥৭॥

ক্রুদ্ধস্তু ফাল্গুনঃ সংখ্যে দ্বিগুণীকৃতবিক্রমঃ। গাণ্ডীবং ধনুরায়ম্য তূর্ণং জগ্রাহ সংযুগে ॥৯॥
বদ্ধ্বা চ ভ্রুকুটিং বক্তে ক্রোধস্য প্রতিলক্ষণম্। দেবদত্তং মহাশঙ্খং পূরয়ামাস পাণ্ডবঃ ॥১০॥
অথাস্ত্রমরিসংঘঘ্নং ত্বাষ্ট্রমভ্যস্যদর্জ্জুনঃ। ততো রূপসহস্রাণি প্রাদুরাসন্ পৃথক্ পৃথক্ ॥১১॥
আত্মনঃ প্রতিরূপৈস্তৈর্নানারূপৈর্বিমোহিতাঃ। অন্যোন্যমর্জ্জুনং মত্বা স্বমাত্মানঞ্চ জঘ্নিরে ॥১২॥
অয়মর্জ্জুনোঽয়ং গোবিন্দ ইমৌ যাদবপাণ্ডবৌ। ইতি ব্রুবাণাঃ সংমূঢ়া জঘ্নুরন্যোন্যমাহবে ॥১৩॥
মোহিতাঃ পরমাস্ত্রেণ ক্ষয়ং জগ্মুঃ পরস্পরম্। অশোভন্ত রণে যোধাঃ পুষ্পিতা ইব কিংশুকাঃ ॥১৪॥
ততঃ শরসহস্রাণি তৈর্বিমুক্তানি ভস্মসাৎ। কৃত্বা তদস্ত্রং তান্ বীরাননয়দ্যমসাধনম্ ॥১৫॥
অথ প্রহস্য বীভৎসুর্ললিত্থান্ মালবানপি। মাবেল্লকাংস্ত্রিগর্ত্তাংশ্চ যৌধেয়াংশ্চার্দ্দয়চ্ছরৈঃ ॥১৬॥
তে হন্যমানা বীরেণ ক্ষত্রিয়াঃ কালচোদিতাঃ। ব্যসৃজন্ শরজালানি পার্থে নানাবিধানি চ ॥১৭॥
ততো নৈবার্জ্জুনস্তত্র ন রথো চ কেশবঃ। প্রত্যদৃশ্যত ঘোরেণ শরবর্ষেণ সংবৃতঃ ॥১৮॥
ততস্তেঽলব্ধলক্ষ্যত্বাদন্যোন্যমভিচুক্রুশুঃ। হতৌ কৃষ্ণাবিতি প্রীতা বাসাংস্যাদুধুবুস্তদা ॥১৯॥

---

ভরতশাগৈগী অথোইবা! মহারাজ! মখোয় ময়াম্ অহুনা, মীকূপ্ অমগী মনুংদা; কৃষ্ণগা লোয়ননা অর্জ্জুনবু তেস্তনা মশক্ উহন্‌খিব্রে ॥৮॥ মতম্ অদুদা, অর্জ্জুননা—থোইদোকনা শাউখিদুনা, মথৌনা মপাঙ্গল শরুক্ অনী হেন্‌গৎহন্‌খিদুনা, লীমী শৃৎ শৃৎ নান্দুনা, গাণ্ডীব লীরুংবু থুহ্রম্ চেৎনা পায়খৎখি ॥৯॥ অর্জ্জুননা মাগী—মায়থোংদা অশাউবা উত্নুনা, পীগুম্ শুক্তোক্তুনা দেবদত্ত কৌবা মাগী চাউরবা মোইবুং অদু পায়খৎতুনা খোংখি ॥১০॥ মতম্ অসিদা অর্জ্জুননা য়েক্লবা পুম্ব হাংতব্বা ত্বাষ্ট্র কৌবা থুংলায় অদু কাপ্‌লকই। অদুদগীদি অকিবগী মশক্ ফংলবা অর্জ্জুনগী মূর্ত্তি লিশিং লিশিং চোংথোকখি ॥১১॥ অদুদগীদি লান্মীশিং অদুনা মখোয় মশেল্ অমনা অমবু অর্জ্জুন ওইরবোই নীঙহুনা পঙহাত্ত হাৎনরে ॥১২॥ "মাসনা অর্জ্জুননি, মাসিনা কৃষ্ণনি"—মখোয়াসমক কৃষ্ণ-অর্জ্জুনমক্তনি অহুম হায়নহুনা, শুম্‌ৎনখিদুনা, মখোয মশেল্ পঙহাৎ হাৎনরক্লে ॥১৩॥ মতৌ অসুম্না সংশপ্তক লান্মী অয়াম্বা, অর্জ্জুনগী থুংলায়না পান্‌বদা শুমহৎখিদুনা অমনা অমবু হাৎনতনা শিরে। মতৌ লেম্‌হৌবা লান্মী পুম্ব মশা মশাম্ব ঈহং নাইহং শাদুনা অমমমনা কুরাউ পাম্বী এমমম্‌গুম শেংকনা নীঙনিঙ্গখি ॥১৪॥ অদুদগী অমুক্ অর্জ্জুনগী অকিবগী মশক্ ওইরবা থুংলায়না, লান্মীশিং অদুদা কাপ্‌লক্পা তেলপুম্ববু উৎ ওইহন্‌দুনা, অকনবা সংশপ্তক লান্মীশিংবু যমালয়দা থাখি ॥১৫॥ অদুগী তুংদা অর্জ্জুননা নোক্না নোক্না থৌম থৌরবা তেম্না ললিত্থ, মালব, মাবেল্লক, ত্রিগর্ত্ত অমাদ যৌধেয়গী অকন্‌বশিংবু নৈবা হৌরক্লে ॥১৬॥ অকন্‌বা অর্জ্জুননা অসুম্না হা ক্তন্রক্লবদা কাল কৌবা লাইনা ঈ ইহুন্‌খিবনা ক্ষত্রিয়শিং অদুনসু মখোয়গী তেলগী মপৈনা অর্জ্জুনবু পুমকুপ্ কুপ্‌ক্রে ॥১৭॥ অদুগী তুংদা, মখোয়গী তেলগী লাংনা কুপশিন্‌খিবদুদা অর্জ্জুনগা কৃষ্ণগা অনী অসি মশক্ উখিদ্রে ॥১৮॥ কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনী অসি মশক্ উখিদ্রবদা সংশপ্তক লান্মী পুম্নমক্, মখোয় অনী অদু শিগ্রে

ভেরীমৃদঙ্গশঙ্খাংশ্চ দধ্মুর্নীরাঃ সহস্রশঃ। সিংহনাদরবাংশ্চোগ্রাংশ্চক্রিরে তত্র মারিষ।
ততঃ প্রসিষিদে কৃষ্ণঃ খিন্নশ্চার্জুনমব্রবীৎ। ক্বাসি পার্থ! ন পশ্যে ত্বাং কচ্চিজ্জীবসি শত্রুহন্! ॥২১॥
তস্য তদ্বচনং শ্রুত্বা ত্বরমাণো ধনঞ্জয়ঃ। বায়ব্যাস্ত্রেণ তৈরস্তাং শরবৃষ্টিমপাহরৎ ॥২২॥
ততঃ সংশপ্তকব্রাতান্ সাশ্বদ্বিপরথায়ুধান্। উবাহ ভগবান্ বায়ুঃ শুষ্কপর্ণচয়ানিব ॥২৩॥
উহ্যমানাস্তু তে রাজন্! বভ্রশোভন্ত বায়ুনা। প্রডীনাঃ পক্ষিণঃ কালে বৃক্ষেভ্য ইব মারিষ! ॥২৪॥
তাংস্তথা ব্যাকুলীকৃত্য ত্বরমাণো ধনঞ্জয়ঃ। জঘান নিশিতৈর্বাণৈঃ সহস্রাণি শতানি চ ॥২৫॥
শিরাংসি ভল্লৈরহরদ্বাহূনপি চ সায়ুধান্। হস্তিহস্তোপমাংশ্চোরূন্ শরৈরুর্ব্যামপাতয়ৎ ॥২৬॥
পৃষ্ঠচ্ছিন্নান্ বিচরণান্ বিমস্তকদৃগঙ্গুলীন্। নানাঙ্গাবয়বৈর্হীনাংশ্চকারারীন্ ধনঞ্জয়ঃ ॥২৭॥
গন্ধর্বনগরাকারান্ বিধিবৎ কল্পিতান্ রথান্। শরৈর্বিশকলীকুর্ব্বংশ্চক্রে বাজিরথদ্বিপান্ ॥২৮॥
মুণ্ডতালবনানীব তত্র তত্র চকাশিরে। ছিন্না রথধ্বজব্রাতাঃ কেচিত্তত্র ক্বচিৎ ক্বচিৎ চ ॥২৯॥

---

হায়না লৌখিদুনা, মুংঙাইখিবনা খোঞ্জেল হৌনা লাউনরকই, মকিময়োল্ লংখৎনরকই ॥১৯॥ ঈকায়খুম্নবগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ! অহুদগীদি সংশপ্তক লান্মীশিংহুনা পুংশেল যন্ত্রনচিংবা খোংগৎয়ৈখৎনরক্লুনা, সিংহনাদ লাউনখি ॥২০॥ অহুগী তুংদা, হৃষ্মাংনা পুমচোৎ চোৎলবা কৃষ্ণনা হক্‌চাংপুম্ব পুমচোক্ চোক্‌থখিদুনা অর্জ্জুনদা অস্থুম্না হায়রকই ঃ—"অর্জ্জুন! নংবু হৌজিক্ কদায়দা লৈরিবগে? নশক্ উত্রে, নং হৌজিক্ হিংদিহিংলিদনকো?" ॥২১॥ অহুগীতুংদা অর্জ্জুননা মুংশিংকী তেল কাপ্‌তুনা যেক্লবশিংগী তেল ময়াম্ অহু পাইথোকহন্‌খি, মথা কাপশিলক্‌পশিংদুবুম্ব থিংহুনা থম্‌খি ॥২২॥ অহুদগীদি অর্জ্জুনগী মুংশিংকী তেল মপৈ অহুনা, য়েক্লবা সংশপ্তক লান্মীশিংগী শগোল শামু রথশিং অহুবু নাকল অমদা লাপ্পা পাইথোক্‌হনখি ॥২৩॥ ঈকায়খুম্নবগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ! কল্লবা নোংমুংশিংনা উনাশীংনা উপাম্বীশিংবু ফুক্‌ফুক্লুনা নাম্থোকললক্‌পহুগুম্না, অর্জ্জুনগী খুৎলাযনা শুদ্রদা পাইথোক্‌হল্লক্‌পা লান্মীশিং অসি উবদা অগুক্‌পা, নোক্‌নিংবা, কজবা পোক্‌খি ॥২৪॥ অস্থুম্না পাইথোক্লক্‌লিভৈ অহুদসু অর্জ্জুননা থৌর থৌরবা তেম্না মখোয়বু চামচাম্লিশিংলিশিং ওইনা কক্‌কক্লুনা লৈমায়থক্তা থাদখি ॥২৫॥ তামচীন্ শাবা থৌর থৌরবা তেম্না সংশপ্তকলান্মীশিংগী মগুক্ মখোং মপাম্বোমবু অহুগা, শামুগী নাতাল অমমম্গুম নোয়র-চাউরবা মকৈগলশিংবু, অর্জ্জুননা কক্‌কক্লুনা লৈমায়থক্তা থাদখি ॥২৬॥ অহুগী তুংদা অর্জ্জুননা সংশপ্তক লান্মী অয়াম্ববু মথবাক্-মনম্ হোগায়রবা, মখোং মথুং য়াওদ্রবা, মগুক্ যাওদ্রবা, মমীৎহন্দোক্‌প্রবা মথুংকী খুৎশা য়াওদ্রবা ত্তাক্ত ওইহন্‌খি ॥২৭॥ অর্জ্জুনা লান্‌গী কিজোম্না লৈতেংবা সংশপ্তক লান্মীশিং অহুগী গন্ধর্ব্বগী বিমানগা মান্নবা বাং চাউরবা রথশিং অহুবু শিংগুল শানা থুদেক্লুনা, মখোয় পুম্নমক্‌পু মাগী মাগী রথশগোল শামুনচিংবা বাহনদগী তোঙাল্ তোঙাল্ তাহন্‌খি ॥২৮॥ করি করিগুম্বা মফম্‌দা কোনামহৈনা মপৈ মপৈ পুঙ্গল্ পুঙ্গল্ কেংনো

এতস্মিন্নবে চৈব প্রযত্নে সব্যসাচিনি । ব্যূঢ়ানীকস্ততো দ্রোণো যুধিষ্ঠিরমুপাদ্রবৎ ॥৩৮॥
তং প্রত্যগৃহ্ণংস্ত্বরিতা ব্যূঢ়ানীকাঃ প্রহারিণঃ যুধিষ্ঠিরং পরীপ্সন্তস্তদাসীত্তুমুলং মহৎ ॥৩৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
সংশপ্তকবধে অর্জ্জুনযুদ্ধে সপ্তদশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

খন্‌খিল্লুনা, অকিবগী মশক কংলবা মোংকম্ অমগী মশক লৌখি ॥৩৭॥ মতম্ অসিদা, লান্দা ময়াইকাখিল্লুনা অঙাওবগুম্রবা অর্জ্জুন অসিনা সংশপ্তকশিংগী লাঙ্ঙাওদা পুক্নিং চঙল্লুনা লৈজিন্নৈঙসিদা আসোম্‌দা দ্রোণনা শেম্‌শাল্লুনা মাগী লাম্মীশিংগা লোয়ননা, যুধিষ্ঠিরগী মায়কৈ তম্না চেনশিল্লকই ॥৩৮॥ মতম্ অদুদা পাণ্ডবপক্ষগী লাম্মীশিংনস্থ যুধিষ্ঠিরবু ঙাক্‌শেনগে হায়না খন্দুনা চোক্‌শিন্না শেম্‌শাল্লুনা দ্রোণাচার্য্যগী মায়োক্ য়াখি। অদুদগীদি অকিবগী মশক্ কংলবা লাঙ্ঙাও অমা থোক্‌খ্রে ॥৩৯॥

মক্তম্ অসিদা, শ্রীমহাভারতদা, শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা সংশপ্তকবধগী মনুংদা অর্জ্জুনযুদ্ধগী তরাতরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥ঃ+ঃ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## অষ্টাদশোঽধ্যায়ঃ

### তরানিপালশুবা অধ্যায়

( সংশপ্তকশিংগা অর্জ্জুনগা থেংনবগী অকন্‌বা মতাং )

—ঃ( * )ঃ—

**সঞ্জয় উবাচ।**

পরিণাম্য নিশাং তাং তু ভারদ্বাজো মহারথঃ । উক্ত্বা সুবহু রাজেন্দ্র । বচনং বৈ সুযোধনম্ ॥১॥
বিধায় যোগং পার্থেন সংশপ্তকগণৈঃ সহ । নিষ্ক্রান্তে চ তদা পার্থে সংশপ্তকবধং প্রতি ॥২॥

---

সঞ্জয়না হায় ঃ— ভরত শাগেগী অথোইবা ! অসোমদা ভরদ্বাজগীমচা দ্রোণাচার্য্যনা অহিং অপুম্বা লেল্লবতুংদা, লাল্‌গীময়মদা হায়গদবমথৈ দুর্য্যোধনদা হায়রগা, সংশপ্তক লাম্মীশিংগা অকন্‌ অমদা অর্জ্জুনগ থেংনহন্‌নবা শরৌ অম্থ পীনগ্রগা, অর্জ্জুননস্থ মখোয়গা থেংনগে হায়না থোক্‌খ্রবা

ব্যূঢ়ানীককেতো দ্রোণঃ পাণ্ডবানাং মহাচমূম্। অভ্যয়াত্তরতশ্রেষ্ঠ। ধর্ম্মরাজজিঘৃক্ষয়া ॥৩॥
( বিশেষকম্ )

ব্যূঢ়াং দৃষ্ট্বা সুপর্ণেন ভারদ্বাজস্য তাং চমূম্। ব্যূহেন মণ্ডলার্দ্ধেন প্রত্যব্যূহদ্যুধিষ্ঠিরঃ ॥৪॥

মুখমাসীৎ সুপর্ণস্য ভারদ্বাজো মহারথঃ। শিরো দুর্য্যোধনো রাজা সোদর্য্যৈঃ সানুগৈর্বৃতঃ ॥৫॥

চক্ষুষী কৃতবর্ম্মা চ গৌতমশ্চাস্যতাং বরঃ। ভূতশর্ম্মা ক্ষেমশর্ম্মা করকাক্ষশ্চ বীর্য্যবান্ ॥৬॥

কলিঙ্গাঃ সিংহলা প্রাচ্যাঃ শূরাভীরা দশেরকাঃ। শকা যবনকাম্বোজাস্তথা হংসপথাশ্চ যে ॥৭॥

গ্রীবায়াং শূরসেনাশ্চ দরদা মদ্রকেকয়াঃ। গজাশ্বরথপত্ত্যোঘাস্তস্থুঃ পরমদংশিতাঃ ॥৮॥ (বিশেষকম্)

ভূরিশ্রবাস্তথা শল্যঃ সোমদত্তশ্চ বাহ্লিকঃ॥ অক্ষৌহিণ্যা বৃতা বীরা দক্ষিণং পার্শ্বমাস্থিতাঃ ॥৯॥

বিন্দানুবিন্দাবাবন্ত্যৌ কাম্বোজশ্চ সুদক্ষিণঃ। বামং পার্শ্বং সমাশ্রিতা দ্রোণপুত্ত্রাগ্রতঃ স্থিতাঃ ॥১০॥

পৃষ্ঠে কলিঙ্গাঃ সাম্বষ্ঠা মাগধাঃ পৌণ্ড্রমদ্রকাঃ। গান্ধারাঃ শকুনাঃ প্রাচ্যাঃ পার্ব্বতীয়া বশাতয়ঃ ॥১১॥

পুচ্ছে বৈকর্ত্তনঃ কর্ণঃ সপুত্ত্রজ্ঞাতিবান্ধবঃ। মহত্যা সেনয়া তস্থৌ নানাজনপদোত্থয়া ॥১২॥

জয়দ্রথো ভীমরথঃ সম্পাতিঋষভো জয়ঃ। ভূমিঞ্জয়ো বৃষক্রাথো নৈষধশ্চ মহাবলঃ ॥১৩॥

---

মহাকী লাম্মী পূম্বু বেহ্শাহ্না থম্লগা, যুধিষ্ঠিরবু কায়গে হায়না থন্দুনা, পাণ্ডবশিংগী লাম্মী তেঙ্গোলগী মায়কৈতম্না চেনশিন্খি ॥১-৩॥ দ্রোণনা মাগী লাম্মীশিংবু গরুড়ব্যূহগী মওংদা শেম্শাহ্না থম্বদু উবদা, যুধিষ্ঠিরনস্সু মাগী লাম্মীশিংবু থামচেৎশানা শেম্শাহ্না থম্খি ॥৪॥ মহারথী ওইরবা দ্রোণ মশামক্না গরুড়ব্যূহ অদুগী মচীন্ ওইদুনা লৈখি। গরুড় অদুগী মকোক্তা, হায়বদি গরুড়গী মওং মাম্ন লেপ্লিবা লাম্মীশিং অদুগী মকোক্তা, দুর্য্যোধননা মাগী মনাওশিংগা লোয়ননা লৈখি ॥৫॥ কৃতবর্ম্মাগা, লীরুং পায়বশিংগী মমু'দা অথোইবা কৃপাচার্য্যগা অনীনা গরুড় অদুগী মমীৎ অনী ওইনা লৈখি। কল্লবা ভূতশর্ম্মা, ক্ষেমশর্ম্মা' করকাক্ষ মথোয় অসিনা অদুগা কলিঙ্গ, সিংহল, প্রাচ্য, আভীর, দশেরক, শক যবন, কাম্বোজ, হংসপথ, শূরসেন, দরদ, মদ্র কেকয়গী লাম্মীশিংনা মথোয়গী শগোল্ শামু রথী খোঙমীশিংগা লোয়ননা, লালগী মচাক্পুম্ব শেম্শাহ্না গরুড় অদুগী মওক্শম্ ওইনা লৈখি ॥৬-৮॥ ভূরিশ্রবা শল্য, সোমদত্ত, বাহ্লিক—অকন্বা মরি অসিনা অক্ষৌহিণী লাম্মীমপৈ অমনা ঈকোয় কোয়শিন্দুনা গরুড় বেহ্ অদুগী য়েৎথংবা নাকুথং ওইনা লৈখি ॥৯॥ অবন্তিদেশকী বিন্দ অনুবিন্দ অনীনা অদুগা কাম্বোজগী নিংথৌ সুদক্ষিণ —হায়রিবা মথোয় অসিনা গরুড় অদুগী ওয়থংবা নাকুথং ওইদুনা অশ্বত্থামাগী মাঙদা লেপ্তুনা লৈখি ॥১০॥ কলিঙ্গ, অম্বষ্ঠ, মগধ, পৌণ্ড্র, মদ্রক, গান্ধার, শকুন, প্রাচ্য দেশশিং অসিগী লাম্মীশিংনা অদুগা চীঙলম্দম্দগী, বশাতিদেশগী লাম্মীশিংনা গরুড়গী মওং মান্বা বেহ্ অদুগী মাঙলেন্ ওইদুনঃ লৈখি ॥১১॥ মচাশিং, শাটৈনাতৈ, মরুপ মপাং-খোঙলোয়শিংগা লোয়ননা অদুগা অতোপ অতোপ্পা দেশগী পাক্ চাউরবা লাম্মীশিংগী মপেগা লোয়ননা সূর্য্যগী মচা কর্ণনা ব্যূহ অদুগী মমৈ ওইদুনা মরাম্ থাক শেম্দুনা লৈখি ॥১২॥ মহারাজ! জয়দ্রথ, ভীমরথ সম্পাতি, ঋষভ, জয়,

যুক্তা বলেন মহতা অন্তঃলোপুরজুকঃ। ব্যূহস্তোয়মপি তে রাজন্! স্থিতা যুদ্ধবিশারদাঃ ॥১৪॥

( যুগ্মকম্ )

দ্রোণেন বিহিতো ব্যূহঃ পদাত্যশ্বরথদ্বিপৈঃ। বাতোদ্ধূতার্ণবাকারঃ প্রবৃত্ত ইব লক্ষ্যতে ॥১৫॥

তস্য পক্ষপ্রপক্ষেভ্যো নিষ্পতন্তি যুযুৎসবঃ। সবিদ্যুৎস্তনিতা মেঘা সর্বদিগভ্যঃ ইবোষ্ণগে ॥১৬॥

তস্য প্রাগ জ্যোতিষো মধ্যে বিধিবৎ কল্পিতং গজম্। আস্থিতঃ শুশুভে রাজন্নংশুমানুদয়ে যথা ॥১৭॥

মাল্যদামবতা রাজন্! শ্বেতচ্ছত্রেণ ধার্য্যতা। কৃত্তিকাযোগযুক্তেন পৌর্ণমাস্যামিবেন্দুনা ॥১৮॥

( যুগ্মকম্ )

নীলাঞ্জনচয়প্রখ্যো মদান্ধো দ্বিরদো বভৌ। অতিবৃষ্টো মহামেঘৈর্যথা স্যাৎ পর্ব্বতো মহান্ ॥১৯॥

নানানৃপতিভির্বীরৈর্বিবিধায়ুধভূষণৈঃ। সমন্বিতঃ পার্বতীয়ৈঃ শক্রো দেবগণৈরিব ॥২০॥

ততো যুধিষ্ঠিরঃ প্রেক্ষ্য ব্যূহং তমতিমানুষম্। অজয্যমরিভিঃ সংখ্যে পার্থং বাক্যমব্রবীৎ ॥২১॥

ব্রাহ্মণস্য বশং নাহমিয়ামদ্য যথা প্রভো!। পারাবতসবর্ণাশ্ব। তথা নীতিবিধীয়তাম্ ॥২২॥

---

তুমিন্নয়, মৃত্যুক্রোধ অদুগা থোইনা কন্নবা নিষধরাজ—মখোয় অসিনা পাক্চাউরবা লাল্লীমপৈগা লোয়ননা, লাল্লকম্দা থরাই থারগা স্বর্গলোক-ব্রহ্মলোক কংগনি হায়রবগী আশাদা, গরুড়ব্যূহ-অদুগী মথবাক্ ওইনা লৈখি ॥১৩-১৪॥ মহারাজ! শগোলশাসু রথী খোঙমীশিংতনা, দ্রোণনা গরুড়গী মওংদা শাগ্লনা থম্লিবা লাল্লী মপৈ অদু, মেংবদা, মুংশিৎনা ইপোম্ হৌরবদা ঈপাক্লা অগোঙ্গশাবগুম্ লৈব উই ॥১৫॥ বর্ষাগী মতম্দা নোংথাংগা, কন্নবা খোল্লাউগা লোয়ননবা মুরবা নোংগী মতুম্ মতুমা নোংমদোনগী মায়কৈপুম্বদগী হায়দোক্লকপগুম্না, লাল্শোক্লিঙ্লবা লাল্লী-শিং অদুনা গরুড়ব্যূহ অদুগী মশামমেং পুম্বদগী হাইদোক্-চেম্হোক্লরক্ই-॥১৬॥ মহারাজ! উদয় পর্ব্বত কোবা চীঙগী চীঙদোম্দগী কারকপা সুমিৎনা কজবগুম্ লাল্গী পোচ্চে লৈতেং, মজুনা শেম্শাবা শামুগী মথক্তা ভগদত্ত অসি বেহ অদুগী ময়ায়চবুক্তা ওাম্হোইদুনা লৈখি। মহারাজ! মেরাথাগী পুর্ণিমাদা কৃত্তিকানক্ষত্রগা লোয়ননবা মপুংফাবা থাগী মতোগুম্, ভগদত্তগী কোক্থক্ অদুদা মুক্তাপরেংনা থালয় ওইনারাম্লবা ভোরবা পে অদুনা খোইদোক্লা নীওথিজখি ॥১৭-১৮॥ কন্নবা নোংগী মরীমরীনা হৈথচুথরকপদা চাউরবা চীঙগী চীঙমায়দা খোইদোক্লা নীঙ্খিজবদুগুম্না মুরবা কাজলগী মপৈনা চীঙচুম্গুম্ থিম্নুনা লৈবগুম্না, ভগদত্তগী শামু অদুনা বেহ মরক্ অদুদা ময়ায় কাদুনা মচুম্তানা লৈবদু, মেংবদা খোইদোক নীঙ্খিজৈ ॥১৯॥ লাইয়াম্থিবিক্লা লোয়ননা ইজ্জনা খোইদোক্লা কজনা ওাম্হোইদুনা লৈবদুগুম্না, লাল্গী থিজোল্ মথল্মথরা লৈতেংলবা, চীঙলম্দম্গী লাল্লীশিং অদুগা লোয়ননা, অদুগী তুংদা, যুধিষ্ঠিরনা,—লাল্কন্ অদুদা, মেরুবনা শাকুহেক্ চঙবঃ ওম্মোইদোবা অচম্বা নজ্জবা বেহ অদু উবদা,—পুক্চেম্না মেৎকুনা হায়খি ॥২১॥ পুরক্লাজনবা! লম্থুরুগী মচুমাজবা শগোলা রথ ওইবা, অকনবা। চন্দিগী যুমিত্তা ঐনা ব্রাহ্মণ

## ধৃষ্টদ্যুম্ন উবাচ

দ্রোণস্য বর্ত্তমানস্য বশং নৈষ্যসি সুব্রত ! । অহমাবারয়িষ্যামি দ্রোণমদ্য মহামৃধে ॥২৩॥
ময়ি জীবতি কৌরব্য ! নোদ্বেগং কর্ত্তুমর্হসি । নহি শক্তো রণে দ্রোণো বিজেতুং মাং কথঞ্চন ॥২৪॥

## সঞ্জয় উবাচ ।

এবমুক্ত্বা কিরন্ বাণান্ দ্রুপদস্য সুতো বলী । পারাবতসবর্ণাশ্বঃ স্বয়ং দ্রোণমুপাদ্রবৎ ॥২৫॥
অনিষ্টদর্শনং দৃষ্ট্বা ধৃষ্টদ্যুম্নমবস্থিতম্ । ক্ষণেনৈবাভবদ্দ্রোণো নাতিহৃষ্টমনা ইব ॥২৬॥
তং তু সংপ্রেক্ষ্য পুত্রস্তে দুর্ম্মুখঃ শত্রুকর্ষণঃ । প্রিয়ং চিকীর্ষুর্দ্রোণস্য ধৃষ্টদ্যুম্নমবারয়ৎ ॥২৭॥
স সম্প্রহারস্তুমুলঃ সুঘোরঃ সমপদ্যত । পার্ষতস্য চ শূরস্য দুর্ম্মুখস্য চ ভারত ! ॥২৮॥
পার্ষতঃ শরজালেন ক্ষিপ্রং প্রচ্ছাদ্য দুর্ম্মুখম্ । ভারদ্বাজং শরৌঘেণ মহতা সমবারয়ৎ ॥২৯॥
দ্রোণমাবারিতং দৃষ্ট্বা ভৃশায়স্তস্তবাত্মজঃ । নানালিঙ্গৈঃ শরব্রাতৈঃ পার্ষতং সমমোহয়ৎ ॥৩০॥
তয়োর্বিষক্তয়োঃ সংখ্যে পাঞ্চাল্যকুরুমুখ্যয়োঃ । দ্রোণো যৌধিষ্ঠিরং সৈন্যং বহুধা ব্যধমচ্ছরৈঃ ॥৩১॥
অনিলেন যথাভ্রাণি বিচ্ছিন্নানি সমন্ততঃ । তথা পার্থস্য সৈন্যানি বিচ্ছিন্নানি ক্বচিৎ ক্বচিৎ ॥৩২॥

---

ওইরবা দ্রোণগী মখা পোন্‌খিদনবা উপায় অমতং থুনায়াঙনা পীন্‌বিয়ু ॥২২॥ ধৃষ্টদ্যুম্ননা হায় :- ব্রতকল্লবা নিংথৌ ! দ্রোণনা নিংথৌ নহাক্‌পু মখা পোলহন্‌গে কাগে হায়না হোৎনরবস্থু, চিংনবিগনু, মাগী মখা খক্ পোন্‌বিরোই । ময়ম্‌দি ঐনা ঙসি লাম্মীশিংগা লোয়ননা, দ্রোণবু থিংহনা থম্‌গনি ॥২৩॥ ময়মঅহুনা কৌরববংশগী মুংঙাইনবগী মশক্ ওইরবা ! ধৃষ্টদ্যুম্ন ঐনা হিংহুনা লৈরিঙৈদদি মাহুগীদমক্ খক্ চিংনবিগনু, লাঙ্‌তক্লবিগনু । অহুগা, দ্রোণনস্থ ঐবু করিঙমবা মতম্‌দা অম তৌবা ঙম্মরোইদোবনি ॥২৪॥ সঞ্জয়না হায় :- রাহৈ অসি হায়রগা, লম্বথুগী মচু মাল্লবা শগোল্লা রথ চিংবা কল্লবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা, তেজ্জা থোংনথোংনা দ্রোণতয় থৌজিল্লকৃই ॥২৫॥ মতম্ অহুগা মশক্ উননীঙ্‌দবা ধৃষ্টদ্যুম্নবু উবদা দ্রোণ অসি থোইনা মুংঙাইখিদে, নীঙবা কায়খি ॥২৬॥ মতম্ অসিদা মহারাজগী নচা ঈবুঙো কল্লবা দুর্ম্মুখনা ধৃষ্টদ্যুম্নবু উবদা, দ্রোণবু মুংঙাইহন্‌গে পুক্নিং থৌগৎহন্‌গে হায়রগুনা, ধৃষ্টদ্যুম্নবু থিংহুনা পম্‌খি ॥২৭॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা ! অসিগী তুংদা, কল্লবা ধৃষ্টদ্যুম্ন-দুর্ম্মুখ অনীগী মরক্তা অকিবগী মশক্ ওইরবা লাঞ্জাও অম থোক্‌খি ॥২৮॥ ধৃষ্টদ্যুম্ননা থুনায়াঙনা তেল্ মপেনা লাং ওইনা দুর্ম্মুখবু কূপ্পগা, অতৎঅথম্ লৈতনা তেলগী মপে মপে কাপশিল্লক্‌না দ্রোণবু থিংহুনা থম্‌খি ॥২৯॥ ধৃষ্টদ্যুম্ননা দ্রোণবু থিংহুনা থম্বহু উবদা, মহারাজগী নচাঈবুঙো দুর্ম্মুখনা মায়া চেক্‌শিন্না ধৃষ্টদ্যুম্নবু ঙম্‌হল্লক্‌না থম্‌খি ॥৩০॥ ধৃষ্টদ্যুম্নগা দুর্ম্মুখগা মায় কায় থেংনমিন্নৈ চৈরক্ অসিদা দ্রোণাচার্য্যনা তেলগীমপে মপেনা যুধিষ্ঠিরগী লাম্মী-শিংবু মাক্ন তাকবা নৈম হৌরকলে ॥৩১॥ কল্লবা নুংশিৎনা নোংগী মতুম্ মতুম্ পাইথোক্-হনখিবগুম্না দ্রোণনা মায়াকৈ অমরোম্‌দা যুধিষ্ঠিরগী লাম্মী মপেগী শরুক্ অমা হাংথো ॥৩২॥

মুহূর্ত্তমিব তদ্‌যুদ্ধমাসীন্মধুরদর্শনম্। ততঃ উন্মত্তবদ্রাজন্। নির্ম্মর্য্যাদমবর্ত্তত ॥৩৩॥
নৈব স্বে ন পরে রাজন্নজ্ঞায়ন্ত পরস্পরম্। অনুমানেন সংজ্ঞাভির্যুদ্ধং তৎ সমবর্ত্তত ॥৩৪॥
চূড়ামণিষু নিষ্কেষু ভূষণেষ্বপি বর্ম্মসু। তেষামাদিত্যবর্ণাভা রশ্ময়ঃ প্রচকাশিরে ॥৩৫॥
তৎ প্রকীর্ণপতাকানাং রথবারণবাজিনাম্। বলাকাশবলাভ্রাভং দদৃশে রূপমাহবে ॥৩৬॥
নরানেব নরা জঘ্নুরুদগ্রাশ্চ হয়া হয়ান্। রথাংশ্চ রথিনো জঘ্নুর্বারণান্ বরবারণাঃ ॥৩৭॥
সমুচ্ছ্রিতপতাকানাং গজানাং পরমদ্বিপৈঃ। ক্ষণেন তুমুলো ঘোরঃ সংগ্রামঃ সমপদ্যত ॥৩৮॥
তেষাং সংসক্তগাত্রাণাং কর্ষতামিতরেতরম্। দন্তসংঘাতসংঘর্ষাৎ সধূমোঽগ্নিরজায়ত ॥৩৯॥
বিপ্রকীর্ণপতাকাস্তে বিষাণজনিতাগ্নয়ঃ বভুবুখং। সমাগাস্ত সবিদ্যুত ইবাম্বুদাঃ ॥৪০॥
বিক্ষিপদ্ভির্নদদ্ভিশ্চ নিপতদ্ভিশ্চ বারণৈঃ। সংবভূব মহী কীর্ণা মেঘৈর্দ্যৌরিব বার্ষিকী ॥৪১॥
তেষামাহন্যমানানাং বাণতোমরঋষ্টিভিঃ। বারণানাং রবো জজ্ঞে মেঘানামিব সংপ্লবে ॥৪২॥

---

মহারাজ! লান্ অদু মতম্ খরদি, য়াম্ন ঈওথনা, নিয়মনাইনা চথরম্মি, মতুং ওহাক্ লৈরগদি লান্ অদু মকম্ মরাং খঙ্‌দনা কাতুকারল পঙ্‌চেস্ত চেয়দ্রুনা, হোক্চিন্নদুনা শোক্লরক্লে ॥৩৩॥ মহারাজ! মতম্ অদুদা লাম্মীশিং অদু মখোয়গী মীচঙ্‌না কদায়নো, মীগী মীচঙ্‌না কদায়নো হায়বা—মকম্ মরাং অমত খঙ্‌নরক্তে। অনুমাননা নত্রগা মমিং মথা হায়নরক্‌পনা খঙ্‌নবদু মঙায়রে ॥৩৪॥ কৌরব পাণ্ডবপক্ষ অনীমকী লাম্মীশিংগী মশা মশাগী মশেক্ মঙাল্, মখোয়গী কোয়েৎকী লুছপকী মথক্তা থেৎপা মণি-মুক্তা মথবাক্তা শিরিব। নৈতেং অদুগা কিজোল্ অতৈ অতৈগী মঙাল্ অদু মায়কৈপুম্বদা পূম্‌ল' লংনা উবা কংখি ॥৩৫॥ কিরাল্‌শিং অদুনা মকম্ পূম্বদা জুংশিৎ মরক্তা কোথয়েং লে'ডুনা, কোয়পাইনরক্‌লবদা, চাউর চাউরবা শগোল্ শামু রথশিংগী মশা অমদি মওং মত্তো অহ, ফিরাল্ মরক্ অদুদা, নোংথাংনা কুপ্‌কেৎ কাকেৎ কুপ্রবা নোং মতুম্ অমমদ্রগী মত্তোগুম্না উবা কংখি ॥৩৬॥ খোঙ্‌মীশিংনা খোঙ্‌মীশিংবু, শগোম্না শগোল্‌বু, শামুনা শমুবু চোংশিন চোংশিন্দুনা নেৎখায়বা হাৎপা হৌরক্‌লে ॥৩৭॥ মীকুপ্ অমগী মতুংদা তায়বোৎ মথক্তা ফিরান্নঃ হাইহুমবা শামুশিংগী অমগমগ য়াথিন্নবগী অচৌবা, অকিবগী মশক্ ওইরবা লাম্বাও অম থোক্‌খ্রে ॥৩৮॥ মশা- নাকথংশিং অদু অমগমগ কন্ন তক্লনরক্‌লি, মনাতোন্‌শিং অদু অমগমগ লৌশিন্ য়েচ্ছিন্নদুনা কন্না কন্না চিংনরক্‌লি, অমগমগা য়থিন্নরক্‌পদা মৈথুগা লোয়ননা মৈমি শোক্লা মৈ হৌমি ॥৩৯॥ বর্ষাগী মতম্‌দা চাউর চাউরবা নোংনা নোংথাং পয়েং পয়েংবু পুখোক্‌পহুগুম্না, শামুশি অদুনা ফিরাল্ থুদেক্ থুদেক্তুনা, লংখোক্লরক্তুনা য়াথিন্নদুনা মৈ হৌহন্নরক্‌লি ॥৪০॥ বর্ষাঋতুদা চাউরচাউরবা মুরবা নোং মতুম্ মতুম্‌না নোংমদোল্ মকোয়দু পুম্থন থম্ন কুপ্ন অদুগুম্না, চাউরবা মুরবা শামুশিং অদুনা অমগমগা ঈন্নদুনা থোং থোংদুনা থেংগাইনদুনা তুনরক্‌পা শিনরক্‌পা অদুনা— লালকম্ অদু শামুমক্তনা থুরক্ হাঙ্‌দনা কুপ্‌খ্রে ॥৪১॥ নোংশিংনা অমগমগ থেংগাইনদুনা মখোল্ হৌনা খোংনেনরক্‌পা ভংমরক্‌পা অদুগুম্না, থাঙ্-অমাং,

তোমরাভিহতাঃ কেচিদ্বাণৈশ্চ পরমদ্বিপাঃ । বিত্রেসুঃ সর্ব্বনাগানাং শব্দমেবাপরেঽব্রুবন্ ॥৪৩॥
বিষাণাভিহতাশ্চাপি কেচিত্তত্র গজা গজৈঃ । চক্রুরার্ত্তস্বরং ঘোরমুৎপাতজলদা ইব ॥৪৪॥
প্রতীপাঃ ক্রিয়মাণাশ্চ বারণা বরবারণৈঃ । উন্মথ্য পুনরাজগ্মুঃ প্রেরিতাঃ পরমাঙ্কুশৈঃ ॥৪৫॥
মহামাত্রৈর্মহামাত্রাস্তাড়িতাঃ শরতোমরৈঃ । গজেভ্যঃ পৃথিবীং জগ্মুর্মুক্তপ্রহরণাঙ্কুশাঃ ॥৪৬॥
নির্মনুষ্যাশ্চ মাতঙ্গা বিনদন্তস্ততস্ততঃ । ছিন্নাভ্রাণীব সংপেতুঃ সংপ্রবিশ্য পরস্পরম্ ॥৪৭॥
হতান্ পরিবহন্তশ্চ পতিতান্ পতিতায়ুধান্ । দিশো জগ্মুর্মহানাগা কেচিদেকচরা ইব ॥৪৮॥
তাড়িতাস্তাড্যমানাশ্চ তোমরর্ষ্টিপরশ্বধৈঃ । পেতুরার্ত্তস্বরং কৃত্বা তদা বিশসনে গজাঃ ॥৪৯॥
তেষাং শৈলোপমৈঃ কায়ৈর্নিপতদ্ভিঃ সমন্ততঃ । আহতা সহসা ভূমিশ্চকম্পে চ ননাদ চ ॥৫০॥
সাদিতৈঃ সগজারোহৈঃ সপতাকৈঃ সমন্ততঃ । মাতঙ্গৈঃ শুশুভে ভূমির্বিকীর্ণৈরিব পর্ব্বতৈঃ ॥৫১॥
গজস্থাশ্চ মহামাত্রা নির্ভিন্নহৃদয়া রণে । রথিভিঃ পাতিতা ভল্লৈর্বিকীর্ণাঙ্কুশতোমরাঃ ॥৫২॥
ক্রৌঞ্চবন্নিনদন্তোঽন্যে নারাচাভিহতা গজাঃ । পরান্ স্বাংশ্চাপি মৃদ্নন্তঃ পরিপেতুর্দিশো দশ ॥৫৩॥

---

য়োংচুক্ নুংশুক্লা থাবদা পান্‌বদা শামুশিং অহু চৈনা থাঙ্‌বা ভম্‌দহুনা খোংনরকৃলি লাউনরকৃলি ॥৪২॥ শামু কয়া কয়ানা থাঙ্‌ অতেন্‌বা ( খুগ্রী ) না, থৌরথৌরবা তেন্না পান্‌বদা থাঙ্‌বা ভম্‌দহুনা কিহুনা চেম্হোক্লরি। শামুশিং অহু মপা মপা য়েং য়েংনহুনা হোচ্ছন্-চেন্‌শিল্লরি ॥৪৩॥ শামু কয়া কয়ানা মমান্নবা শামুনা মযানা থিল্লকপহুদা অকিবা মিপাইবা কংনা খোংনরক্লি ॥৪৪॥ শামু কয়া কয়ানা কিহুনা নিংহন্ননা চেল্লকাওবদা, শামুকাটি থারক্‌পহুদা, মমাঙ্‌দা লৈরম্বা রথ-শগোল্‌ কয়া কয়াবু নেৎথায়রম্‌হুনা, লান্‌কম্‌লোম্‌দা অমুক্ মমায় ওন্‌শিল্লকৃলি ॥৪৫॥ য়েক্লবা কাংবুগী শামুতোংবা লাম্মী শিংনা থারক্‌পা-কাপ্‌লক্‌পা খুৎলায়না পান্‌বদা শামু তোংবা লাম্মী কয়া কয়ানা মথুক্তা পায়রবা কাটি অমদি খুৎলায়বু থাদোক্তুনা মাগী মাগী শামু মথক্-তগী লৈমায়থক্তা ওন্থনরকৃলি ॥৪৬॥ অতোংবা মী য়াওদ্রবা শামুশিং অহুনা, খোংল-ভংলহুনা য়েক্লবলাম্মী মরক্তা চেন্‌শিল্‌ চেন্‌শিন্দুনা, নুংশিংনা হুম্‌দোক্‌পবদা নোং মচেৎ মচেৎকী মতৌগুম্না পুনচাই চাইনা লাল্‌কম্‌দা তারি ॥৪৭॥ চাউর চাউরবা শামু কয়া কয়ান, মখোয়গী মথক্ত তোংলিবা, থীনা শোক্লবা, শিরবা মথুক্তা খুৎলায় য়াওদ্রবা-লাম্মীশিং অহুবু মনম্‌দগী থাদোক্তনা হোন্‌হোন্দুনা, অমনা অমবু থেংনদনা মতোম্‌মতোম্‌দা চেম্নরি ॥৪৮॥ অহুম্না চেম্নরিডেদা য়েক্লবা শিংগী থাঙ্-তা-শীঙ্‌জংনা পান্‌বদা অকিবা কংনা লাউখোঙ্‌হুনা লাল্‌কম্‌দা তুম্বনরক্লি ॥৪৯॥ চীঙ্‌চীঙ্‌মুক্ চাউরবা শামুশিং অহুনা, তুথনবকৃপহুদা পৃথ্বী অসি থক্ থক্ নিকৃই তংভি ॥৫০॥ ইচাক্ চাইখোক্তনা তাবা চীঙহুম্ অমমমগী মতৌগুম্না, অতোংবা লাম্মী-কিবালনচিংবা য়াওরিবা তুক্লমা লৈন্নিবা শামুশিং অহুনা লাল্‌কম্ অহু থোইনহুম্ নিঙথিজখি ॥৫১॥ রথীশিংনা তাথচিন্ শারা তেল কায়রকৃপকা, মাহুনা থজীন্দা পান্দুনা, শামুমথক্তা লৈরম্বা-লাম্মীকয়া কয়ানা-খাঙ খাঙগা কাটিনাচিংনা খুৎলায়বু নাংখোক্ লংখোক্লমলগা লৈমায়থক্তা মতৈ মকোক্ মুংনা তারক্লি ॥৫২॥

শরবর্ষাভিবৃষ্টেষু যোধেষ্বজিতকর্মসু । ন তেষ্বচিত্ততাং লেভে কশ্চিদাহবলক্ষণঃ ॥৬৩॥
বর্ত্তমানে তথা যুদ্ধে ঘোররূপে ভয়ঙ্করে । মোহয়িত্বা পারন্ দ্রোণো যুধিষ্ঠিরমুপাদ্রবৎ ॥৬৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
সংশপ্তকবধে সঙ্কুলযুদ্ধে অষ্টাদশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

পীক্ পীক্ থম্না হাপ্তুনা হোঙ্কত্তুনা লাকপদা, ঈথক্‌ইপোম্ হৌরকপদা চুপ্ চুপ্ লুপ্তুনা শিনরকাওবদা, শুমহৎখিদুনা হন্‌বা পেন্‌বা ওক্‌পা নাইদ্রি ॥৬২॥ য়েক্কবগী ভেলশিংদিশিংনা মশাদু পূম্‌কুপ্ কুম্না পাল্লকাওবদা, মানা ম্যানা থাগে হাৎকে কাপকে নীঙ্‌লিবা নিশানা-মপা অদু থক্ থাদোক্লদ্রি। মরম্ অদুনা মশা-মশাগী থুদম্ য়াওনজবদু মাগী মাগী য়েক্কবগী মশক্ খঙবদা থোইনা বুদ্ধি চোইনখিদে ॥৬৩॥ অদুম্না কম্না থেংনরকপা মতাং অসিদা দ্রোণনা য়েক্কবশিংবু শুমহত্তুনা যুধিষ্ঠিরগোমদা চেনশিল্লকলে ॥৬৩॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা সংশপ্তকবধগী মমুংদা সঙ্কুলযুদ্ধগী তরানিপাল্‌গুবা অধ্যায় লোইরে ॥*॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ঊনবিংশোঽধ্যায়ঃ

### তরামাপলগুবা অধ্যায়

( দ্রোণগী মথৌনা-মপাঙ্গল )

—:(*):—

**সঞ্জয় উবাচ ।**

ততো যুধিষ্ঠিরো দ্রোণং দৃষ্ট্বান্তিকমুপাগতম্ । মহতা শরবর্ষেণ প্রত্যগৃহ্ণাদভীতবৎ ॥১॥
ততো হলহলাশব্দ আসীদ্যৌধিষ্ঠিরে বলে । জিঘৃক্ষতি মহাসিংহে গজানামিব যূথপম্ ॥২॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! দ্রোণনা মনাক্তা চঙশিল্লক্পসি উবদা যুধিষ্ঠিরনা কজিমত ক্কিবা য়িপাইবা থুকপা লৈতনা তেন্‌গী নৌপেন্ মনম্ মনম্ কাপ্‌শিল্লক্কুনা দ্রোণবু থিংলুনা লাকপোক্কুনা লম্মুখি ॥১॥ অদুগী তুগা অচৌবা নোংপা অমনা শামু সঙ্‌অমগী যুদিংবা অচৌবা

দৃষ্ট্বা দ্রোণং ততঃ শূরঃ সত্যজিৎ সত্যবিক্রমঃ। যুধিষ্ঠিরমভিপ্রেপ্সুরাচার্য্যং সমুপাদ্রবৎ ॥৩॥
তত আচার্য্যপাঞ্চাল্যৌ যুযুধাতে মহাবলৌ। বিক্ষোভয়ন্তৌ তৎ সৈন্যমিন্দ্রবৈরোচনাবিব ॥৪॥
ততো দ্রোণং মহেষ্বাসঃ সত্যজিৎ সত্যবিক্রমঃ। অবিধ্যন্নিশিতাগ্রেণ পরমাস্ত্রং নিদর্শয়ন্ ॥৫॥
অথাস্য সারথেঃ পঞ্চ শরান্ সর্পবিষোপমান্। অমুঞ্চদন্তকপ্রখ্যান্ সংমুমোহাস্য সারথিঃ ॥৬॥
অথাস্য সহসাবিধ্যদ্ধয়ান্ দশভিরাশুগৈঃ। দশভির্দশভিঃ ক্রুদ্ধ উভৌ চ পার্ষ্ণিসারথী ॥৭॥
মণ্ডলন্তু সমাবৃত্য বিচরন্ পৃতনামুখে। ধ্বজং চিচ্ছেদ চ ক্রুদ্ধো দ্রোণস্যামিত্রকর্ষণঃ ॥৮॥
দ্রোণস্তু তৎ সমালোক্য চরিতং তস্য সংযুগে। মনসা চিন্তয়ামাস প্রাপ্তকালমরিন্দমঃ ॥৯॥
ততঃ সত্যজিতং তীক্ষ্ণৈর্দশভির্মর্মভেদিভিঃ। অবিধ্যচ্ছীঘ্রমাচার্য্যশ্ছিত্ত্বাস্য সশরং ধনুঃ ॥১০॥
স শীঘ্রতরমাদায় ধনুরন্যৎ প্রতাপবান্। দ্রোণমভ্যহনদ্রাজংস্ত্রিংশতা কঙ্কপত্রিভিঃ ॥১১॥
দৃষ্ট্বা সত্যজিতা দ্রোণং গ্রস্যমানমিবাহবে। বৃকঃ শরশতৈস্তীক্ষ্ণৈঃ পাঞ্চাল্যো দ্রোণমার্দ্দয়ৎ ॥১২॥
সংছাদ্যমানং সমরে দ্রোণং দৃষ্ট্বা মহারথম্। চুক্রুশুঃ পাণ্ডবা রাজন্। বস্ত্রাণি দুধুবুশ্চ হ ॥১৩॥

শামু অমবু কাগে হায়বগী দমক অকিবা কংনা লাউরক্পা—খোংলকপা অচুপ্তয়া দ্রোণ অসি যুধিষ্ঠিরবু কাগে হায়বগী দমক অকিং অক্নাই ওইনা তম্থিনা লাউরকই ॥২॥ মতম অসিদা থাজৈশেংনা মরীল্ লৈরবা সত্যজিৎনা যুধিষ্ঠিরবু কন্গে হায়বগীদমক দ্রোণ তমা চেনশিল্লকই ॥৩॥ অদুগী তুংদা ইন্দ্রগা বলিগা থেংনরকপদুগুম্না দ্রোণগা সত্যজিৎকা অনী অনি কন্না শোরুরকলে ॥৪॥ অচৌবা লীরুং পাররবা, থোইন কল্লবা, থাজৈশেংনা মরীল্ লৈরবা সত্যজিৎনা দ্রোণদা কাপ্পদা মতীক চারবা থৌর থৌরবা তেম্নচিংবা খুংলায়গী মপৈবু কাপশিল্লক্‌না দ্রোণগী মশাদা কন্না কন্না থাখি ॥৫॥ অদুগী তুংদা, মহাক্না, লিলগী মতৌগুম্বা মহুপুরবা থৌরবা তেল মঙা শত্তুনা দ্রোণগী সারথিদা থাখি। মতম্ অসিদা দ্রোণগী সারথি অসি মূর্চ্ছা কংদুনা লৈমায়রথক্তা তুখি ॥৬॥ অদুগীতুংদা থোইনা শাউরবা সত্যজিৎনা থৌরবা তেল তরানা দ্রোণগী রথগী শগোল্শিংদা, অদুদগী তেল তরা-তরানা দ্রোণগীতুংদা লৈরিবা শৈশিল্-সারথি অনীদা কন্না-কন্না থাখি ॥৭॥ য়েরুবহাৎতুম্বা, অকন্‌বা সত্যজিৎনা থোইনা শাউখত্নুনা রথঅত্ত কোয়রপ্ কোয়না হন্না থৌরক্তুনা, দ্রোণগী লাম্নীশিংগী মমাঙমকদা চত্তশিল্লক্‌না, দ্রোণগী রথগী কিরাল্ অত্থু ককথৎখি ॥৮॥ য়েরুবতুম্বা অকন্‌বা দ্রোণনু সত্যজিৎকী মথৌনা মপাঙ্গল মহৈ অদু উবদা করি তৌসিগে হায়না চিন্তা তৌরক্লে ॥৯॥ অদুগী তুংদা ওাহাক্ লৈরগা দ্রোণনা সত্যজিৎকী তেলগা লীরুংগা অমুক্তদা ককথৎলগা, থৌরবা তেল তরানা মাগী থজিন্দা থাখি ॥১০॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা মতীক্মথৌনা লৈরবা সত্যজিৎনা অতোপ্পা লীরুং অম থুনারাগনা পায়খত্তুনা, য়েন্দুনা, তেনা পাল্লবা থৌরবা তের্ল কুহু্না দ্রোণগী মশাদা থুম্না থাখি ॥১১॥ সত্যজিৎনা দ্রোণবু উমখিগদৌবগুম্বা লাকচম্নকপহু উবদা পাঞ্চালদেশগী বৃকনা থৌরবা তেলগী মপৈ মপৈমা দ্রোণবু নৈন চৌরক্লে ॥১২॥ মহারাজ! দ্রোণবু তেল্লা পুমুয়োম্ য়োম্খিবসি উবদা পাণ্ডবশিংনা

বৃকস্তু শরচক্রকো দ্রোণং ষষ্ট্যা স্তনান্তরে। বিব্যাধ বলবান্, রাজন্! তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥১৪॥
দ্রোণস্তু শরবর্ষেণ ছাদ্যমানো মহারথঃ। বেগং চক্রে মহাবেগঃ ক্রোধাদুদ্বৃত্য চক্ষুষী ॥১৫॥
ততঃ সত্যজিতশ্চাপং ছিত্বা দ্রোণো বৃকস্য চ। ষড়্ভিঃ সসূতং সহয়ং শরৈর্দ্রোণোঽবধীদ্বৃকম্ ॥১৬॥
অথান্যদ্ধনুরাদায় সত্যজিদ্বেগবত্তরম্। সাশ্বং সসূতং বিশিখৈর্দ্রোণং বিব্যাধ সধ্বজম্ ॥১৭॥
স তন্ন মমৃষে দ্রোণঃ পাঞ্চাল্যেনার্দ্দিতো মৃধে। ততস্তস্য বিনাশায় সত্বরঃ ব্যসৃজচ্ছরান্ ॥১৮॥
হয়ান্ ধ্বজং ধনুর্মুষ্টিমুভৌ চ পার্ষ্ণিসারথী। অবাকিরত্ততো দ্রোণঃ শরবর্ষৈঃ সহস্রশঃ ॥১৯॥
তথা সংছিদ্যমানেষু কার্ম্মুকেষু পুনঃ পুনঃ। পাঞ্চাল্যঃ পরমাস্ত্রজ্ঞঃ শোণাশ্বং সমযোধয়ৎ ॥২০॥
স সত্যজিতমালোক্য তথোদীর্ণং মহাহবে। অর্দ্ধচন্দ্রেণ চিচ্ছেদ শিরস্তস্য মহাত্মনঃ ॥২১॥
তস্মিন্ হতে মহামাত্রে পাঞ্চালানাং মহারথে। অপায়াজ্জবনৈরশ্বৈর্দ্রোণাত্রস্তো যুধিষ্ঠিরঃ ॥২২॥
পাঞ্চালাঃ কেকয়া মৎস্যাশ্চেদিকারূষকোশলাঃ। যুধিষ্ঠিরমভীপ্সন্তো দৃষ্ট্বা দ্রোণমুপাদ্রবন্ ॥২৩॥
ততো যুধিষ্ঠিরং প্রেপ্সুরাচার্য্যঃ শত্রুপূগহা। ব্যধমত্তান্যনীকানি তুলরাশিমিবানলঃ ॥২৪॥

---

লাম্মীশিংনা, মুংঙাইখিবনা লাউথোংখি, মকিমরোল্ লংথৎনরকই ॥১৩॥ মহারাজ ! অমুক্তন্ন, থোইনা শাউরবা বৃকনা, থৌরবা তেল নিপাম দ্রোণগী থজীন্দা থাখি, মাহুমক্ অঙকপা থৌদোক অম ওইনা থোকখি ॥১৪॥ শাফুকল্লবা, লান্দা হৈরবা, মহারথী ওইরবা দ্রোণনা মশাবু তেম্ন পুম্নোম্ য়োম্খিবহু উবদা, শাউবনা মমীৎ ঈ কাহ্নুনা মখোয়বু ঙম্নবা ভাক্থোক্লবা মকি শেম্খি ॥১৫॥ অতুগী তুংদা কল্লবা দ্রোণনা সত্যজিৎকা বৃকগা অনীগী লীরুংবু অমুক্তদা কক্থৎত্তুনা থৌরবা তেল তরুক্না বৃকবু মাগী সারথি অমদি শগোলগা লোয়ননা লৈমায়থক্তা তুহনখি ॥১৬॥ অতুগী তুংদা সত্যজিৎনা কল্লবা, অতোপ্পা লীরুং অম পায়খত্তুনা, দ্রোণগী মশাদা সারথিদা অদুগা শগোল্দা থৌরবা তেলমপৈ অমনা থাখি ॥১৭॥ সত্যজিৎনা অসুম্না নৈনক্লবদা, মাহু য়েংহুনা লৈবা থাওবা ঙম্ত্রহুনা, সত্যজিৎপু মহাৎলগে খন্দুনা থুনা য়াঙনা থৌমাং তৌরক্লে ॥১৮॥ অতুগী তুংদা, দ্রোণনা তেল লিশিং লিশিং কাপ্শিল্লক্নুনা সত্যজিৎকী শগোল, কিরাল্, লীরুং অমদি মতুংদা লেপ্তুনা লেপ্তুনা লৈরিবা সারথি-শৈশিল্ অনীবু কক্তুনা থাদখি ॥১৯॥ দ্রোণনা মতৌ অসুম্না লীরুংবু হন্ন হন্না কক্থৎলকপসিদা সত্যজিৎনা য়ায়া শাউখিহুনা, দ্রোণদা অতৎ অথম্ লৈতনা থৌরথৌরবা তেম্না থাজিল্লক্লে ॥২০॥ লালকম্ অহুদা সত্যজিৎকী মতীকমঙ্গল মথৌনাহু উবদা দ্রোণনা, থৌরবা থামচেৎশাবা তেল্ অমনা থৌনা করবা সত্যজিৎকীমকোকপু কক্তুনা লৈমায়থক্তা থাদখি ॥২১॥

পাঞ্চালদেশগী অকন্বা, অপোইবা, মহারথী ওইরবা সত্যজিৎনা শি থ্রবদা যুধিষ্ঠির অসি দ্রোণবু কিবদগী য়াঙলবা শগোল অহুনা থৌবা রথ মথক্ অহুদা তোংহুনা লালৃকম্দগী হন্দোক্খি ॥২২॥ পাঞ্চাল, কেকয়, মৎস্য, চেদি, কারূষ অমদি কোশলদেশগী লাম্মীশিংনা দ্রোণবু উবদা, যুধিষ্ঠিরবু কনগে হায়না খন্দুনা মঙোম্লোমদা চেনশিল্লকই ॥২৩॥ অতুগীতুংদা

মৎস্যান দ্বিবাঽজয়চ্চেদীন করূষান কেকয়ানপি । পাঞ্চালান সৃঞ্জয়ান পাণ্ডূন ভারদ্বাজঃ পুনঃ পুনঃ ॥২৫॥
তং দহন্তমনীকানি ক্রুদ্ধমগ্নিং যথা বনম্ । দৃষ্ট্বা রুক্মরথং বীরং সমকম্পন্ত সৃঞ্জয়াঃ ॥২৬॥
উত্তমং হ্যাদদানস্য ধনুরস্যাশুকারিণঃ । জ্যাঘোষো নিঘ্নতোঽমিত্রান দিক্ষু সর্বাসু শুশ্রুবে ॥২৭॥
নাগানশ্বান পদাতীংশ্চ রথিনো গজসাদিনঃ । রৌদ্রা হস্তবতা মুক্তাঃ প্রমথনন্তি স্ম সায়কাঃ ॥২৮॥
নানদ্যমানঃ পর্জন্যো মিশ্রবাতো হিমাত্যয়ে । অশ্মবর্ষমিবাবর্ষৎ পরেষাং ভয়মাদধৎ ॥২৯॥
সর্বা দিশঃ সমচরৎ সৈন্যং বিক্ষোভয়ন্নিব । বলী শূরো মহেষ্বাসো মিত্রাণামভয়ঙ্করঃ ॥৩০॥
তস্য বিদ্যুদিবাভ্রেষু চাপং হেমপরিষ্কৃতম্ । দিক্ষু সর্বাসু পশ্যামো দ্রোণস্যামিততেজসঃ ॥৩১॥
শোভমানাং ধ্বজে চাস্য বেদীমত্রাস্ম ভারত ।। হিমবচ্ছিখরাকারাং চরতঃ সংযুগে ভৃশম্ ॥৩২॥
দ্রোণস্তু পাণ্ডবানীকে চকার কদনং মহৎ । যথা দৈত্যগণে বিষ্ণুঃ সুরাসুরনমস্কৃতঃ ॥৩৩॥
স শূরঃ সত্যবাক প্রাজ্ঞো বলবান সত্যবিক্রমঃ । মহানুভাবঃ কল্পান্তে রৌদ্রাং ভীরুবিভীষণাম্ ॥৩৪॥

---

মৈনা লশিংমপৈবু চাক্থেকলক্পত্নুগুম্না, য়েক্লবা ওম্বা দ্রোণনা যুধিষ্ঠিরবু কাগে হায়না চপ্‌ষুংনা খন্দুনা পাণ্ডবলাম্মীশিংবু নৈবা-চাকথেক্পা হৌরকলে ॥২৪॥ দ্রোণনা মৎস্যদেশগী লাম্মীশিংবু জয় তৌদ্রনা চেদি, করূষ, কেকয়, পাঞ্চাল, সৃঞ্জয় অমদি পাণ্ডবপক্ষগী অতোপ অতোপ্পা লাম্মীশিংবু জয় তৌখি ॥২৫॥ মৈনা কংলবা বন অমবু চাকথেকপত্নুগুম্না, সনাতনা শাবা রথদা তোংলিবা কল্লবা দ্রোণাচার্য্যনা অশাউবগা লোয়ননা পাণ্ডবলাম্মীশিংবু মাণ্ডনতাক্লবা, তৌরকপত্নু উবদা সৃঞ্জয় লাল্মীপুম্বা থক্ থক্ নীক্ললকলে ॥২৬॥ দ্রোণগী লীরী খীণ্ডবগী, লীরী চিংবগী, য়েক্লবপুম্বা হাচ্চি-ল্লকপগী ইনিন্ খোঙ্গেল অদু মকম্ পুম্বদা তাবা কংনখি ॥২৭॥ মথুৎথুরবা লান্দা মথুৎ লোয়রবা দ্রোণনা কাপলকপা খুৎলায়শিং অদুনা পাণ্ডবপক্ষগী শগোল শামু রথ খোঙমী মপৈ মপৈবু নৈবা হাৎপা হৌরকলে ॥২৮॥ বসন্তগী মতম্‌দা, মুংশিংনা হুম্‌হুনা পুরবা অতৎ অখম্, লৈতনা ওংলবা নোংগী মপৈনা লেলগী মপৈ মপৈ চুথহল্লক্পগুম্, দ্রোণনা য়েক্লবথুদিংগী থম্মোয়বু মিপাইহন্দুনা, তেন্তনা নোংগী মতৌগুম্ চুথহল্লকলে ॥২৯॥ কল্লবা, মথৌনা মরিল্ লৈরবা, লীক্লং পায়বগী অথোইবা, য়েক্লবগী থম্মোয়দা অকিবা পোকহনবা দ্রোণনা পাণ্ডবলাম্মীশিংবু নৈথাই নৈথাইদুনা, লাল্‌কম্‌গী মকম্ পুম্বদা কোয়চৎ চৎলক্লে ॥৩০॥ মুরবা নোংগী মরক্তা নোংথাংনা তগুপ্‌ তরেংনা কুপ্পত্নুগুম্না, ওমখৈ লৈতনা তেজ লৈরবা, দ্রোণগী মথুন্তা পায়রিবা সনানা তগুপ্‌ তরেংনা হৎলিবা লীক্লং অদু অউবশিংনা মকম্ পুম্বদা উবা কংখি ॥৩১॥ ভরতনন্দন মহারাজ ! দ্রোণনা লাল্‌কমদা মতৌ অম্রুম্না হংগৎহন্দা চৎপা মতম্ অদুদা অউবা ঐখোয়না মহাক্কী কিয়ান্দা য়েক্পা, হিমালয়গী চিংদোল্ মানবা ধজগী বেদী অদু উরম্মি ॥৩২॥ মমাংঙৈদা লাইহিংচাবা পুম্নমক্না খুরম্নবগী মশক্ ওইরবা বিষ্ণুনা দৈত্যদানব পুম্নমক্পু নৈহৎলক্পত্নুগুম্না কৌরবপাণ্ডবশিংনা খুরম্নবগী মশক ওইরবা দ্রোণস্তু পাণ্ডবপক্ষগী লাম্মীশিংবু নৈবা হৌরক্লে ॥৩৩॥ অচুম্বা ওাঙবা, কল্লবা, হৈশিংলবা, থাজৈশেংনা, মতীক্ মঙাল মপাঙ্গল লৈরবা, ধ্বাইনা

কবচোর্ম্মিধ্বজাবর্ত্তাং মর্ত্ত্যকূলাপহারিণীম্। গজবাজিমহাগ্রাহামসিমীনাং দুরাসদাম্ ॥৩৫॥
বীরাস্থিশর্করাং রৌদ্রাং ভেরীমুরজকচ্ছপাম্। চর্ম্মবর্ম্মপ্লবাং ঘোরাং কেশশৈবলশাদ্বলাম্ ॥৩৬॥
শরৌঘিণীং ধনুঃস্রোতাং বাহুপন্নগসঙ্কুলাম্। রণভূমিবহাং তীব্রাং কুরুসৃঞ্জয়বাহিনীম্ ॥৩৭॥
মনুষ্যশীর্ষপাষাণাং শক্তিমীনাং গদোড়ুপাম্। উষ্ণীষফেনবসনাং বিকীর্ণান্ত্রসরীসৃপাম্ ॥৩৮॥
বীরাপহারিণীমুগ্রাং মাংসশোণিতকর্দ্দমাম্। হস্তিগ্রাহাং কেতুবৃক্ষাং ক্ষত্রিয়াণাং নিমজ্জনীম্ ॥৩৯॥
ক্রূরাং শরীরসংঘট্টাং সাদিনক্রাং দুরত্যয়াম্। দ্রোণঃ প্রাবর্ত্তয়ত্তত্র নদীমন্তকগামিনীম্ ॥৪০॥
ক্রব্যাদগণসংজুষ্টাং শ্বশৃগালগণায়ুতাম্। নিষেবিতাং মহারৌদ্রৈঃ পিশিতাশৈঃ সমন্ততঃ ॥৪১॥
(কুলকম্)
তং দহন্তমনীকানি যথোদাবং কৃতান্তবৎ। সর্বতোঽভ্যদ্রবন্ দ্রোণং কুন্তীপুত্রপুরোগমাঃ ॥৪২॥

---

সম্মান তৌরবা, দ্রোণনা লালকম্ অহুদা প্রলয়গী মতম্দা চেনগদবী, অকিবগী মশক্ কংলবী ঈগী তুরেল অম চেলহনখি। ঈগী তুরেল্ অহুগী ঈথকনা লালফুরিং ময়াম তাউরিবহুনা ওই। ঈথৈ/অচৌবনা কীরালশিং অহুনা ওই। তুরেল্দা লৈবা অচৌ অচৌবা ঙানা তাউথরিবা শগোলশামুশিং অহুনা ওই; ঙা মচা মচানা থাঙ-তা মতেকশিং অহুনা ওইরি। তুরেল লৈখাদা-মপান্দঃ চেম্ষরিবা নুং মচেৎ মচেৎ অহুনা, অকন্বা লাম্মীশিংগী শরর ঙারুশিং অহুনা ওইরি। ঈশিংদা লৈবা থেঙ্গুনচিংবনা, তাউথরিবা পুংশেম্রচিংবহুনা ওইরি। চুঙ্গোয় চুঙনচিংবহুনা হি মচা-মচা ওইহুনা তাউথরি। শাফু কয়া চেল্লবা ইরৈ মচা মচানা ভেলশিং অহুনা ওইখি। ঈচেম্রা লীরুং পঙ্গেংশিং অহুনা ওই। লাম্মীশিংগী মকোক্ ময়াম্ অহুনা নুংহুম্ ওইনা তাউথরি। তানচিংবনা শাংলশাংলবা ঙা ওইরি। গদানা পোঙ মচা মচা ওইরি। লুহুপ্ কোয়েৎনা তুরেল অহুদা তাউবা কোঙ্গোল ওইরি। শাংল শাংলবা মখোয়মরিরা শাংল শাংলবা লিল ওইনা ঈগী তুরেল অহুদা তাউথরি। ঈ-নাইনা তুরেল অহুগী লৈখোম ওইখি। চাউর চাউরবা শামুনা অচৌ অচৌবা জলজন্তু ওইরি; তুরেল মাপান্দা হোৌবা উপাম্বীদি চপ্ চপ্ য়ুংনা। লৈরিবা ভেল অমদি থাঙ-তাশিং অহুনা ওইরি। তুরেল মপান্দা শাবা ঘাট হিদেল্ তাকমূনা পৈখৎ পৈখত্তুনা লৈরিবা অশিবা হক্চাংশিং অহুনা ওইরি। শগোল শামু তোংবা লাম্মীশিংনা অচৌ অচৌবা কুম্ভীর ওইরি। অহুগুম্বী তুরেল অহুনা ঈথক ইপোম্ ততুনা হৌহুনা, কিগনবা পাণ্ডবশিংগী থম্মোয়দা অকিবা মিপাইবা ততুনা পোক্হনখি। ঈয়োইহুনা লাম্হোকপা য়ায়োইদৌবী, অককৃপা ভক্ কোক্ ময়ামগী [illegible] চয়াং ওইনা হৌহুনা ঈশং শংলবী, লালকম মহ্রায়দা তুবংনা চেল্লিগী, কুরুপাণ্ডৈ অর্বুদি সৃঞ্জয়শিংগী থরাইবু পৌশিন্‌গদৌরিবী, অকন্বা ক্ষত্রিয়শিংগী থরাইলি ডুপকদৌরিবী, ক্ষত্রিয়লাম্মীশিংবু ঈয়ারুহন্‌গদৌরিবী মথাক্তয়—ঈশাকতায়া চেম্ষরিবী, অহুম্ ওইবী তুরেলগী চাংজো অনীমক্তা, কৈশাল, লমহুই, লাওজা হুইনচিংবা শাহিংচাবা অকিবগী মশক্ ওইরবা শা উচেক কয়া কয়ানা কাত্নু কারল কোয়চেল চেন্নুনা লৈরি ॥৩৪—৪১॥ মহারথী দ্রোণনা মতৌ অহুয়া হাক্তিয়রকপা মতম্‌সিদা যুধিষ্ঠিরনচিংবা

তে দ্রোণং সহিতাঃ শূরাঃ সর্বতঃ প্রত্যবারয়ন্। গভস্তিভিরিবাদিত্যং তপন্তং ভুবনং যথা ॥৪৩॥
তং তু শূরং মহেষ্বাসং তাবকা হ্যস্ত্রায়ুধাঃ। রাজানো রাজপুত্রাশ্চ সমন্তাৎ পর্য্যবারয়ন্ ॥৪৪॥
শিখণ্ডী তু ততো দ্রোণং পঞ্চভির্নতপর্বভিঃ। ক্ষত্রবর্ম্মা চ বিংশত্যা বসুদানশ্চ পঞ্চভিঃ ॥৪৫॥
উত্তমৌজাস্ত্রিভির্বাণৈঃ ক্ষত্রদেবশ্চ সপ্তভিঃ। সাত্যকিশ্চ শতেনাজৌ যুধামন্যুস্তথাষ্টভি ॥৪৬॥
যুধিষ্ঠিরো দ্বাদশভির্দ্রোণং বিব্যাধ সায়কৈঃ। ধৃষ্টদ্যুম্নশ্চ দশভিশ্চেকিতানস্ত্রিভিঃ শরৈঃ ॥৪৭॥
( বিশেষকম্ )

ততো দ্রোণঃ সত্যসন্ধঃ প্রভিন্ন ইব কুঞ্জরঃ। অভ্যতীত্য রথানীকং দৃঢ়সেনমপাতয়ৎ ॥৪৮॥
ততো রাজানমাসাদ্য প্রহরন্তমভীতবৎ। অবিধ্যন্নবভিঃ ক্ষেমং স হতঃ প্রাপতদ্রথাৎ ॥৪৯॥
স মধ্যং প্রাপ্য সৈন্যানাং সর্ব্বাঃ প্রবিচরন্ দিশঃ। ত্রাতা হ্যভবদন্যেষাং ন ত্রাতব্যঃ কথঞ্চন ॥৫০॥
শিখণ্ডিনং দ্বাদশভির্বিংশত্যা চোত্তমৌজসম্। বসুদানঞ্চ ভল্লেন প্রৈষয়দ্যমসাদনম্ ॥৫১॥
অশীত্যা ক্ষত্রবর্ম্মাণং ষড়্‌বিংশত্যা সুদক্ষিম্। ক্ষত্রদেবন্তু ভল্লেন রথনীড়াদপাতয়ৎ ॥৫২॥
যুধামন্যুং চতুঃষষ্ট্যা ত্রিংশতা চৈব সাত্যকিম্। বিদ্ধ্বা রুক্মরথস্তূর্ণং যুধিষ্ঠিরমুপাদ্রবৎ ॥৫৩॥
ততো যুধিষ্ঠিরঃ ক্ষিপ্রং গুরুতো রাজসত্তমঃ। অপায়াজ্জবনৈরশ্বৈঃ পাঞ্চাল্যো দ্রোণমভ্যয়াৎ ॥৫৪॥

---

অকন্‌বশিংনা মায়গৈ পুম্বদগী দ্রোণতম্না চেলশিন্‌খি ॥৪২॥ মশেক মগুাল পুম্বনা সুমিৎকী অকোয়বদা লৈবগুম্, অকন্‌বশিংসিনা দ্রোণগী অকোয়বদা কোয়শিন্‌খি ॥৪৩॥ অদুগা মহারাজগী নচা ঈবুঙো-শিংনা অমদি কৌরবকী অকন্‌বা লাম্নীশিংনসু দ্রোণবু কনগদবগী চেপশিল্লকই ॥৪৪॥ অদুগী তুংদা শিখণ্ডীনা থোরবা তেল মঙানা, ক্ষত্রবর্ম্মনা কুম্না, বসুদাননা মঙানা, উত্তমৌজানা অহুম্না, ক্ষত্রদেবনা তরেৎনা সাত্যকিনা চামনা, যুধামন্যুনা নিপান্না, যুধিষ্ঠিরনা তরানিথোইনা, ধৃষ্টদ্যুম্ননা তরানা, অদুগা চেকিতাননা অহুম্না—দ্রোনদা মতম্ অমতদা থাখি ॥৪৫—৪৭॥ অদুগী তুংদা, রাশকচেৎলবা দ্রোণনা মচুম্ তারবা শামু লমশা অমগুম্না, হায়রিবা লাম্নীশিং অসিবু নমহত্তুনা পাণ্ডবপক্ষগী কল্লবা রথী দৃঢ়সেনবু লালকম্‌দা তুহনখি ॥৪৮॥ অদুগী তুংদ., ক্ষেমরাজনা অকিবা লৈতনা দ্রোণদা থাজিল্লকপা মতম্ অদুদা, দ্রোণনা মাগী মমাঙদা চঙশিন্‌খিদুনা, থোরবা তেল মাপন্না মস্তোন্না থাখি। মতন্ অদুদা মহাক্ অসি রথ মথক্তগী লৈমায়থক্তা তুখি ॥৪৯॥ অদুগী তুংদা, দ্রোণনা সৈন্যবশিং অসিগী মরক্তা চঙ্‌শিন্‌খিদুনা, কৌরবলাম্নীশিংবু মীপুম্ থীৎনা কন্‌খি; ঙাকৃখি; অদুগা মহাক্নীদি কনানা কন্‌বি-ঙাকপিনীঙাই লৈতে; হায়বদি মহাক্ মশাবুদি কমানসু ঙাকৃহন্‌শেন্নহন্‌খিদে ॥৫০॥ অসিগী তুংদা মহাক্না থোরবা তেল তরানিথোইনা শিখণ্ডীদা, কুন্না উত্তমৌজাদা, থারগা, ভাষচীন্‌শাবা থোরবা তেল্ অমনা বসুদানবু যমালয়দা থাখি ॥৫১॥ অদুদগী অমুক্ দ্রোণনা তেল মরিকুনা ক্ষত্রবর্ম্মাদা কুন্তরুক্না সুদক্ষিণদা থাদুগা ভাষচীন্‌শাবা তেল অমনা ক্ষত্রদেববু মহাক্নী রথগী লৈমায়থক্তা থাদখি ॥৫২॥ অদুগী তুংদা দ্রোণনা তেল হুম্‌মরিনা যুধামন্যুদা, কুহ্‌মাং সাত্যকিদা থাজিল্লগা যুধিষ্ঠিরগা থোক্তা চুজিন্‌খি ॥৫৩॥ মতম অদুদা,

তং দ্রোণঃ সধনুষ্কস্তু সাশ্বযন্তারমাক্ষিপোৎ স হতঃ প্রাপতদ্ভূমৌ রথাজ্জ্যোতিরিবাম্বরাৎ ॥৫৫॥
তস্মিন্ হতে রাজপুত্রে পাঞ্চালানাং যশস্করে। হত দ্রোণং হত দ্রোণমিত্যাসীন্নিস্বনো মহান্ ॥৫৬॥
তাংস্তথা ভৃশসংরব্ধান্ পাঞ্চালান্ মৎস্যকেকয়ান্। সৃঞ্জয়ান্ পাণ্ডবাংশ্চৈব দ্রোণো ব্যক্ষোভয়দ্বলী ॥৫৭॥
সাত্যকিং চেকিতানঞ্চ ধৃষ্টদ্যুম্নশিখণ্ডিনৌ। বার্দ্ধক্ষেমিং চৈত্রসেনিং সেনাবিন্দুং সুবর্চ্চসম্ ॥৫৮॥
এতাংশ্চান্যাংশ্চ সুবহূন্ নানাজনপদেশ্বরাণ্। সর্ব্বান দ্রোণোঽজয়দ্যুদ্ধে কুরুভিঃ পরিবারিতঃ ॥৫৯॥
(যুগ্মকম্)

তাবকাশ্চ মহারাজ। জয়ং লব্ধ্বা মহাহবে। পাণ্ডবেয়ান রণে জঘ্নুর্দ্রবমাণান সমন্ততঃ ॥৬০॥
তে দানবা ইবেন্দ্রেণ বধ্যমানা মহাত্মনা। পাঞ্চালাঃ কেকয়া মৎস্যাঃ সমকম্পন্ত ভারত। ॥৬১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
সংশপ্তকবধে দ্রোণবিক্রমে উনবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

নিংথৌ অথোইবা। যুধিষ্ঠিরনা, দ্রোণনা চণ্ডশিল্লকপা মায়কৈদোম্‌দগী, য়াণ্ডলবা শগোল্লচিংবা রথ অদুদা তোংহনা থুনা য়াণ্ডনা থৈদোকখি। মতম্ অদুদা পাঞ্চাল নিংথৌগী মচানা দ্রোণগী মায়গেদা চেলশিনখি ॥৫৪॥ মতম্ অদুদা, দ্রোণাচার্য্যনা থৌর থোরবা তেম্না লীকং শগোল অমদি সারথিগা লোয়ননা, পাঞ্চাল নিংথৌমচাদুদা কল্লা থাখি। মতম অতুদা নিংথৌমচা অসি আকাশদগী তারকপা লংলবা মঙাল মতুম্ অমগী মতৌগুম্না রথমথক্তগী লৈমায়থক্তা ওন্থখি ॥৫৫॥ পাঞ্চালশিংগী মন্নুংদা মিংচৎ চাউরবা, নিংথৌ মচা অদুনা তুখিবদুদা, "দ্রোণ হাৎলু। দ্রোণ হাৎলু।" হায়না পাঞ্চাল লাম্মী পুম্নমক্না কল্লা লাউ লাউদুনা চেন্‌শিন্নরকই ॥৫৬॥ কল্লবা দ্রেণনা, থোইদোক্না শাউরবা পাঞ্চালশিং, মৎস্য, কেকয়, সৃঞ্জয় অমদি অতোপ অতোপ্পা পাণ্ডবলাম্মীসিংবু নৈথাইবা হোবক্লে ॥৫৭॥ মতুং অদুদা, দ্রোণ অসি, কৌরবলাম্মীশিংনা ঈন্দোষ কোয়শিন্দুনা সাত্যকি, চেকিতান, ধৃষ্টদ্যুম্ন শিখণ্ডী, বার্দ্ধক্ষেমী, চৈত্রসোন, সেনাবিন্দু অমদি সুবর্চ্চ—হায়রিবা মথোযসিবু অদুগা অসি নত্তবা কল্ল কল্লবা লাম্মী কযা কযাবু জয তৌখি ॥৫৮—৫৯॥ মহারাজ' মহারাজগী নচাঙীবুঙোগী পক্ষগী লাম্মীশিংনা মাদুগী লুমিৎকী লান্দা জয় ওইদুনা, মপুক্লাং থোগৎপগা লোয়ননা নীঙ-হৎহনা চেল্লবা পাণ্ডবলাম্মীশিংবু তায়-তায়া হ্যৎলক্লে ॥৬০॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা, মহারাজ! ইন্দ্রনা দানব মরাম্নু হাৎলকপদুগুম্না, কল্লবা দ্রোণনা হাক্চিল্লকপদুদা পাঞ্চাল্, কেকয়, মৎস্যদেশগী লাম্মীশিং অদু থক্ থক্ নীকললে ॥৬১॥

মকম্ অসিদা, শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনালেংবা সংহিতাদা, দ্রোণপর্ব্বদা, সংশপ্তকবধগী মন্নুংদা "দ্রোণবিক্রম"গী তমামাপলৃত্তবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## বিংশোঽধ্যায়ঃ

( দ্রোণনা সেনাপতি ওইবগী অকনবা লান্ )

কুনশুবা অধ্যায়

—:(•):—

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

ভারদ্বাজেন ভগ্নেষু পাণ্ডবেষু মহামৃধে। পাঞ্চালেষু চ সর্ব্বেষু কশ্চিদন্যোঽভ্যবর্ত্তত ॥১॥
আর্য্যাং যুদ্ধে মতিং কৃত্বা ক্ষত্রিয়াণাং যশস্করীম্। অসেবিতাং কাপুরুষৈঃ সেবিতাং পুরুষর্ষভৈঃ ॥২॥
( যুগ্মকম্ )
স হি বীরোন্নতঃ শূরো যো ভগ্নেষু নিবর্ত্ততে। অহো নাসীৎ পুমান্ কশ্চিদ্দৃষ্ট্বা দ্রোণং ব্যবস্থিতম্ ॥৩॥
জৃম্ভমাণমিব ব্যাঘ্রং প্রভিন্নমিব কুঞ্জরম্। ত্যজন্তমাহবে প্রাণান্ সন্নদ্ধং চিত্রযোধিনম্ ॥৪॥
মহেষ্বাসং নরব্যাঘ্রং দ্বিষতাং ভয়বর্দ্ধনম্। কৃতজ্ঞং সত্যনিরতং দুর্য্যোধনহিতৈষিণম্ ॥৫॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ— সঞ্জয়! মতৌ অসুম্না দ্রোণাচার্য্যনা পাণ্ডবশিংনা অমদি পঞ্চাল পুম্নমক্পু মায়থীবা পীরবদা, অকনব ক্ষত্রিয়শিংনা মিংচৎকীদমক্কা, অকনবা মথোনা লৈবা লান্মীশিংনা থন্গদবা মাথল্ থন্নুনা, অদুগা অয়থ-পাণ্ডবশিংনদি চৎলোইদৌবা লম্চৎ অমদি মথৌ অদু তৌদুনা, পাণ্ডবশিংগী পক্ষদগী অকনবা কনা কনাগুমনা দ্রোণাচার্য্যগী মাঙ্দা চঙশিল্লকপম্ মমাওথিবরা ? ॥১-২॥ লান্মীপুম্বনা কায়দুনা চেনথবদা মথক্ত লেপ্পুনা চেন্দনা লৈহৌবা অদুবু অকনবা কৌই। অদুগা সঞ্জয়! দ্রোণাচার্য্যনা লানকম্দা লেপ্পুনা লৈম্নিঙৈদা চেন্নথবা পাণ্ডবলান্মীশিংগী মপুংদা অকনবা কনাগুম্বা, দ্রোণগী মনাক্তা চেন্শিন্গদবা অমত্তা লৈখিদ্রবরা ? ॥৩॥

লাম্বনা মম্না হা হাঁ কাবা, কৈজাওগুম্বা অকনবা,
লানকম্দা মচুম্ তাম্নবা শামুগুম্বা লানহৈবা
লান্দ মথম্নাই পাম্মূদবা, লানগীদমক্ত শেম্শাবা
মহারথী অথোইবা'কনবা, উবদ য়েক্লবনা মিপাইবা,
তৌবিমল্থঙ্বা রাশক্চেৎপা, অচুম্ব ঙাঙ্বা অশিংবা
দুর্য্যোধনগী কনবত থম্নিবা, লান্দমপা লৈতবা
দ্রোণ কৌবা মহাত্মা, কৌরব লান্মীময়ক্তা
লেপ্পুনা লৈবা মতম্সিদা, পাণ্ডবলান্মীময়ক্তগী

তাবকাঃ তথানীকে দৃষ্ট্বা শূরমবস্থিতম্। কে শূরাঃ সমবর্ত্তন্ত তন্মমাচক্ষ্ব সঞ্জয়। ।৬। ( বিশেষকম্ )

## সঞ্জয় উবাচ।

তান্ দৃষ্ট্বা চলিতান্ সংখ্যে প্রণুন্নান্ দ্রোণসায়কৈঃ। পাঞ্চালান্ পাণ্ডবান্ মৎস্যান্ সৃঞ্জয়াংশ্চেদিকেকয়ান্ ।৭।
দ্রোণচাপবিমুক্তেন শরৌঘেণাশুহারিণা। সিন্ধোরিব মহৌঘেন হ্রিয়মাণান্ যথা প্লবান্ ।৮।
কৌরবাঃ সিংহনাদেন নানাবাদ্যস্বনেন চ। রথদ্বিপনরাংশ্চৈব সর্ব্বতঃ সমবারয়ন্ ।৯। ( বিশেষকম্ )
তান্ পশ্যন্ সৈন্যমধ্যস্থো রাজা স্বজনসংবৃতঃ। দুর্য্যোধনোঽব্রবীৎ কর্ণং প্রহৃষ্টঃ প্রহসন্নিব ।১০।
পশ্য রাধেয়। পাঞ্চালান্ প্রণুন্নান্ দ্রোণসায়কৈঃ। সিংহেনেব মৃগান্ বন্যাংস্ত্রাসিতান্ দৃঢ়ধন্বনা ।১১।
নৈতে জাতু পুনর্যুদ্ধমীহেয়ুরিতি মে মতিঃ। যথা তু ভগ্না দ্রোণেন বাতেনেব মহাদ্রুমাঃ ।১২।
অর্দ্যমানাঃ শরৈরেতে রুক্মপুঙ্খৈর্মহাত্মনা। পথা নৈকেন গচ্ছন্তি ঘূর্ণমানাস্ততস্ততঃ ।১৩।
সন্নিরুদ্ধাশ্চ কৌরবৈর্দ্রোণেন চ মহাত্মনা। এতেঽন্যে মণ্ডলীভূতাঃ পাবকেনেব কুঞ্জরাঃ ।১৪।

---

অকন্‌বা কনা কনান', মমায় লৈশিন্নকৃপগে ?
মাহ্নু শেংনা ঐডোন্দা হায়, সঞ্জয় ! হায়্‌ মীনম্‌দনা ॥৪-৬॥

**সঞ্জয়না হায়ঃ—** মহারাজ ! পঞ্চাল, পাণ্ডব, সৃঞ্জয়, মৎস্য, চেদি, অমদি কৈকয়গী লাম্মী পুম্বা দ্রোণগী তেন্না পান্‌বদা, পুম্‌চাই চাইনা কায়নমে হায়বসি, অমুগা সমুদ্রগী ঈথকৃইপোম্বা হি মচা মচাবু হুমদোক্‌পহুগুম্বা, দ্রোণগী লীরুংদগী পাইথোরকপা, শাকু কল্লবা তেন্দ ময়াম্বা পাণ্ডব লাম্মীশিংবু হুম্‌দোক্‌খরে হায়বসি উবদা, কৌরব লাম্মীশিংনা সিংহনাদ লাউরলাউরদুনা, পুং শেল্‌ যন্ত্রগী মখোলগা লোয়ননা পাণ্ডবপক্কগী খোঙমীলাম্মী শগোলশামুশিংবু মায়কৈ অমদা চাইথোক্‌-হন্দুনা, পুম্‌থিং থিংদুনা থম্‌খি ॥৭-৯॥ মতম্‌ অসিদা, কৌরবলাম্মী মরক্তা, মাগী খোঙলোয়শিং ঈকোয় কোয়শিন্ন লৈরিবা দুর্য্যোধননা পাণ্ডবলাম্মীশিংগী দশা অদু উবদা হরাওমন্‌থরদুনা, নোক্লা নোক্ল কর্ণদা অসুম্বা হায়রকৃই—॥১০॥

কর্ণ য়েংঙু মরুপ ! পাঞ্চাল লাম্মীশিংসে, গুরু দ্রোণগী তেন্না পানবদা শারং ঙাম্বং শায়ে। নোংশানা বনগী শজি শঙাইনচিংবা শাশিংবু লৈখারবা হাৎপদুগুম্ব', দ্রোণ—গুরুনা পাণ্ডবলাম্মীবু ছারক্কার শানা লৈখায়রে ॥১১॥ অদুনা, ঐনা অসুম্‌ খনবদা, পাণ্ডবলাম্মীশিং অসি অমুক্‌হন্না লাল্‌ শোরুখিগে হায়বসি খল্লরোই। মরম্‌দি চাউরবা কল্লবা, নোংঙুশিংনা উঙাউ মনাম্‌ মরু কংনা ফুক্তোক্লুনা কংশেক্কপগুম্‌ পাণ্ডবলাম্মী অকনবশিংসিবু গুরুদ্রোণনা লোইনা লৈখাইরে ॥১২॥ কল্লবা, মখোনা লৈরবা, দ্রোণাচার্য্যগী, সনানা তেন্না পাম্বা খোরবা তেন্দশিং অসিনা পাম্বদা রেক্কলাম্মীতেকোল অসি পুম্‌তোই তোইনা কামদুনা, লাম্মীবথৈ, মকম্‌ মথাং খঙদনা লম্‌চেন্ন চেয়রে ॥১৩॥ কৌরবলাম্মীশিংনা, মহাত্মা ওইরবা গুরুদ্রোণগা শমত ওইনা কোয়-

গ্রহৈরিব চাবিষ্টা দ্রোণস্য নিশিতৈঃ শরৈঃ অন্যোন্যং সমবীক্ষন্ত পলায়নপরায়ণাঃ ॥১৫॥
এষ ভীমো মহাক্রোধী হীনঃ পাণ্ডবসৃঞ্জয়ৈঃ । মদীয়ৈরাবৃতো যোধৈঃ কর্ণ ! নন্দয়তীব মাম্ ॥১৬॥
ব্যক্তং দ্রোণময়ং লোকমদ্য পশ্যতি দুর্মতিঃ । নিরাশো জীবিতান্নূনমদ্য রাজ্যাচ্চ পাণ্ডবঃ ॥১৭॥

কর্ণ উবাচ

নৈষ জাতু মহাবাহুর্জীবমাহবমুৎসৃজেৎ । ন চেমান পুরুষব্যাঘ্র ! সিংহনাদান সহিষ্যতি ॥১৮॥
ন চাপি পাণ্ডবা যুদ্ধে ভজ্যেরন্নিতি মে মতিঃ । শূরাশ্চ বলবন্তশ্চ কৃতাস্ত্রা যুদ্ধদুর্মদাঃ ॥১৯॥
বিষাগ্নিদ্যূতসংক্লেশান বনবাসঞ্চ পাণ্ডবাঃ । স্মরমাণা ন হাস্যন্তি সংগ্রামমিতি মে মতিঃ ॥২০॥
নিবৃত্তো হি মহাবাহুরমিতৌজা বৃকোদরঃ । বরান্ বরান হি কৌন্তেয়ো রথোদারান হনিষ্যতি ॥২১॥
অসিনা ধনুষা শক্ত্যা হয়ৈর্নাগৈর্নরৈ রথৈঃ । আয়সেন চ দণ্ডেন ব্রাতান ব্রাতান হনিষ্যতি ॥২২॥
তমেনমনুবর্ত্তন্তে সাত্যকিপ্রমুখা রথাঃ । পাঞ্চালাঃ কেকয়া মৎস্যাঃ পাণ্ডবাশ্চ বিশেষতঃ ॥২৩॥

---

শিন্‌খিবসিদা পাণ্ডবপক্ষগী মৎস্য-পাঞ্চালনচিংবা লাম্মীশিং অসি, মায়কৈ মরিদা মৈনা পূম্‌কোয় কোয়শিনপ্রবা শামুশিংগী মতৌশুম্‌থ্রে ॥১৪॥ লৈহি চুপকে হায়হুনা পাইশিল্লক্‌পা খোইমুশিংগী মতৌশুম্, দ্রোণাচার্য্যগী তেলগী মপৈনা য়েক্লবশিংগী ঈ চুপকে হায়না পাইশিল্লকপশিদা, য়েক্লবা লাম্মী মথৈ অমনা অমগী মরুম্‌দা লোৎনথ্রে ॥১৫॥ "মরূপ ! কর্ণ ! পাণ্ডবশিং অতৈ অমদি সৃঞ্জয়শিং য়াওদ্রবা, শাউবনা মথন্তা পৃ-পৃ পাখৎলবা ভীম আসিনা ঐগী লাম্মীশিংনা পূমকোয় কোয়শিন্‌খিহুনা তৌকম্ থঙদনা লৈবসি উবদা ঐগী থম্মোয়দা নুংঙাইবা-কল্লক্‌পেন্‌বগী ঈথক্ হৌরি" ॥১৬॥ মপাঙ্গন্দা নাপল্ তৌরবা, কত্রবা আসে, হৌজিক জগৎ অসিবু দ্রোণগী দ্রোণমক্তা ওইনা উথ্রে। ঙসিদি মহাক হিংহুনা লৈখিগনি হায়বগী আশা কাওবা মরিক অমত থম্‌খিদ্রে" দুর্য্যোধনগী য়া অসি তাবদা কর্ণনা হায়রক্‌ই—"নিপা অপোইবা, অকন্‌বা, নিংথৌ ! তৌব-গীদি, কল্লবা ভীমসেন হায়বসে, মিহুল অমতং চোংলিমখৈদি, লাল্‌ফম থাদোক্তুনা থক্ চৎখি চেন্‌খিরোই। ঐখোয়গী লাম্মীশিংনা সিংহনাদ অমদি জয় ওইবগী খোল্লাউ অসি মহাকনা তাহুনা থক্ খাঙতনা লৈরোই। (হায়বদি মহাক্না থোক্‌পা অমদি তৌরক্‌খিগনি ) ॥১৮॥ কল্লবা, মখোনা মরিল্ লৈরবা, লাল্‌গী বিদ্যা মুন্না তম্‌লনা হৈরবা, লাক্‌ওম্-কাওম্‌দ্রবা পাণ্ডবশিং অসিনা কৈদৌঙৈদসু লাল্‌ফম্ থাদোক্তুনা চেন্‌খিরোই হায়বসি ঐনা চিংনবা লৈতনা থল্লি। মমাংদৈঙদা য়ুম মৈথাখিবা, তুপীজখিবা বনদা, চৎহনখিবা, মীনম্বা চৌথরনা অরাবা ফংহনখিবা-পুম্মক্ অহু নীঙশিংহুনা পাণ্ডবশিংনা লাল থক্ তোক্‌খিরোই ॥১৯—২০॥ মপাম্বোম্ চাউরবা, পান্দম্‌নীঙাই লৈতনা তেজ লৈরবা কুন্তীগী মচা ভীমসেন হায়বসিনা, ঐখোয়গী মরু মরু ওইবা অকন্‌বা মহারথী কয়াবু হাৎলখিনি হায়না থল্লি ॥২১॥ থাঙ, তা, লীরুং তেল, শগোল্ শামু, খোঙমী, রথী, য়োৎকী গদা অসি পুম্মক্‌সিনা পাইহুনা, মপৈ মপৈ হোম্চিল্লক্তুনা ঐখোয়গী লাম্মীশিং কয়াবু হাৎলখিনি ॥২২॥ অকন্‌বা অসিনা চত্তশিল্লক্‌পা মতম্‌দা সাত্যকিনচিংবা অকন্‌বা

শূরাশ্চ বলবন্তশ্চ বিক্রান্তাশ্চ মহারথাঃ। বিশেষতশ্চ ভীমেন সংরম্ভেণাভিচোদিতাঃ ॥২৪॥
তে দ্রোণমভিবর্ত্তন্তে সর্ব্বতঃ কুরুপুঙ্গবাঃ। বৃকোদরং পরীপ্সন্তঃ সূর্য্যমভ্রগণা ইব ॥২৫॥
একায়নগতা হ্যেতে পীড়য়েয়ুর্যতব্রতম্। অরক্ষ্যমাণং শলভা যথা দীপং মুমূর্ষবঃ ॥২৬॥
অসংশয়ং কৃতাস্ত্রাশ্চ পর্য্যাপ্তাশ্চাপি বারণে। অতিভারমহং মন্যে ভারদ্বাজে সমাহিতম্ ॥২৭॥
তে শীঘ্রমনুগচ্ছামো যত্র দ্রোণো ব্যবস্থিতঃ। কোকা ইব মহানাগং মা বৈ হন্যুর্যতব্রতম্ ॥২৮॥

## সঞ্জয় উবাচ

রাধেয়স্য বচঃ শ্রুত্বা রাজা দুর্য্যোধনস্ততঃ। ভ্রাতৃভিঃ সহিতো রাজন্! প্রায়াদ্দ্রোণরথং প্রতি ॥২৯॥
তত্রারাবো মহানাসীদেকং দ্রোণং জিঘাংসতাম্। পাণ্ডবানাং নিবৃত্তানাং নানাবর্ণৈর্হয়োত্তমৈঃ ॥৩০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
সংশপ্তকবধে দ্রোণযুদ্ধে বিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

রথীশিংনা, অহুগা কেকয়, পাঞ্চাল, মৎস্যশিংগা লোয়নননা পাণ্ডবশিং অতৈনা মাগী খোঙ্গুল লীরকনি ॥২৩॥ হায়রিবা মথোয় অসি কল্লবা, মথৌনা লৈরবা, মঙ্গিল্ লৈরবা মহারথীমক্তনি। মথোয়সিবু ভীমনা শোয়দনা লান্দা থৌজিল্লকৃখিনি ॥২৪॥ নোংগী মপে মপৈনা নুমিৎকী মায়কৈদা পাইশিন্‌বগুম্, কৌরবপক্ষগী অকন্‌ব লান্মীশিংনসু, ভীমবু ঙমগে হায়না খল্লুনা, দ্রোণগী মায়কৈরোম্‌দা তেংবাংগে হায়বগীদমক্ চেল্লশিল্লখিনি ॥২৫॥ শিনিংলবা কৌজেং-হায়ৌ-মৈরানবীশিংনা, কনানসু ঙাক্‌শেনদ্রবা মৈবু মুথংকে হোৎনরকপগুম্, পাণ্ডবপক্ষগী অকন্‌বশিং অসিনা, কনা অমতনা ঙাক্‌শেন্দ্রবা, মানা নীঙবতনা অচুম্বনি হায়না খল্লিবা, কনাগী মতেং লৌদ্রবা দ্রোণ অসিবু ঙমগে হাৎকে হায়না হোৎনরখিনি ॥২৬॥ অহুগা, খুংলায় হৈরবা পাণ্ডবশিং অসিনা, কৌরবলান্মীশিংবুসু শোয়দনা ঙিংবা ঙাকথোকপা ঙম্মখিগনি ॥২৭॥ অদুনা, নিংথৌ! দ্রোণনা লৈরিবা মায়গৈসোমদা ঐখোয় চত্তশিন্‌সি। পীক্লবা কৈ মচাশিংনা মরাই কারবা শামুবু হাৎখিবগুম্না দ্রোণবু হাৎহন্‌খিগনুসি” ॥২৮॥ সঞ্জয়না হায়! মহারাজ! কর্ণগী রা অসি তাবদা, নচাঈবুঙোনিংথৌ দুর্য্যোধননা, মনাওশিং অমদি মাগী খোঙলোয় লান্মীশিংগা লোয়ননা দ্রোণবু ঙাক্‌শেন্‌গে হায়বগীদমক্, দ্রোণলোম্‌দা চত্তশিন্‌খি ॥২৯॥ মতম্ অসিদা দ্রোণ অমতবু হাৎলগে হায়না খল্লুনা, পাণ্ডবশিংনা মচু মচুগী শগোল্লা চিংলবা রথদা তোংখল্লুনা অকিবা কংলবা খোল্লাউনা লালকমুবু থক্-থক্ নীক্‌হল্লা লাউখি ॥৩০॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা সংশপ্তকবধগী মতুংদা দ্রোণযুদ্ধগী কুন্‌গুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥ ॥০॥

# শ্রীমহাভারতম্

## একবিংশোঽধ্যায়ঃ।

( রথনচিংবগী খুদম্-মতং হায়বা )

কুন্মাথোইশুবা অধ্যায়ঃ।

—ঃ(০)ঃ—

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

সর্ব্বেষামেব মে ব্রূহি রথচিহ্নানি সঞ্জয়! যে দ্রোণমভ্যবর্ত্তন্ত ক্রুদ্ধা ভীমপুরোগমাঃ ॥১॥

সঞ্জয় উবাচ।

ঋক্ষবর্ণৈর্হয়ৈর্দৃষ্ট্বা ব্যায়চ্ছন্তং বৃকোদরম্। রজতাশ্বস্ততঃ শূরঃ শৈনেয়ঃ সংন্যবর্ত্তত ॥২॥
সারঙ্গাশ্বো যুধামন্যুঃ স্বয়ং প্রচোদয়ন্ হয়ান্। পর্য্যবর্ত্তত দুর্দ্ধর্ষঃ ক্রুদ্ধো দ্রোণরথং প্রতি ॥৩॥
পারাবতসবর্ণৈস্তু হেমভাণ্ডৈর্মহাজবৈঃ। পাঞ্চালরাজস্য সুতো ধৃষ্টদ্যুম্নো ন্যবর্ত্তত ॥৪॥
পিতরন্তু পরিপ্রেপ্সুঃ ক্ষত্রধর্ম্মা যতব্রতঃ। সিদ্ধিং চাস্য পরাং কাঙ্ক্ষন্ শোণাশ্বঃ সংন্যবর্ত্তত ॥৫॥
পদ্মপত্রনিভানশ্বান্ মল্লিকাক্ষান্ স্বলঙ্কৃতান্। শৈখণ্ডিঃ ক্ষত্রদেবস্তু স্বয়ং প্রচোদয়ন্ যযৌ ॥৬॥
দর্শনীয়াস্তু কাম্বোজাঃ শুকপত্রপরিচ্ছদাঃ। বহন্তো নকুলং শীঘ্রং তাবকানভিদুদ্রুবুঃ ॥৭॥

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! ভীমনচিংবা পাণ্ডবপক্ষগী অকন্বশিংনা দ্রোণ তম্না চেনশিল্লকই হায়রি। মখোয়শিং অসিগী রথশিংগী মশক্ মতৌ খুদম্শিংগা লোয়ননা মথং মথং অমুক্ত লীয়ু ॥১॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! ভীমসেননা মাগী শওম্গী মচুগা মান্নবা মুরবা শগোল্লচিংবা রথদা, মীঙাইদনা, হক্চাং শাজেল্ তৌবগুম্ তোংতনা পৌজিল্লকপসি উবদা, লুপাগী মতৌগুম্ ভৌরবা শগোল্লচিংবা রথদা তোংদুনা সাত্যকিসু লালকম্লোমদা মমায় ওনশিল্লকলে ॥২॥ অসিগী তুংদা লাক্তম্ কাওম্লবা, শাউরবা যুধামন্যুসু সারঙ্গ কৌবা * শজীগী মচুগুম্ অঙৌবগা অশংবগা অঙাঙবগা মচু অহুম্না পুনবা শগোল্লচিংবা রথদা তোংদুনা দ্রোণ তম্না চঙশিল্লকই ॥৩॥ লংথুক্লগী মচু মানবা, সনানা লৈতেংবা, খোইনা শাফু কল্লবা য়াওলবা শগোল চিংবা রথদা তোংখত্লুনা পাঞ্চালনিংথৌগী মচা ধৃষ্টদ্যুম্নসু লাল্কম্লোম্দা অমুক মমায় ওনশিল্লকই ॥৪॥ ভাঙলবা শগোল-

* টীকাঃ—মৃগ, হরিণ, সারঙ্গ, কুরঙ্গ,—মখোয় অসি শজীমকনি। মচুদি লোইনা খেয়ে। অশংবগা অঙাংবগা অঙৌবগা অহুম্না পূল্লবদি শজী অমু সারঙ্গ ( স + আ + রঙ্গ ) হায়বা শজী অতনি। সারঙ্গ হায়বসি কনা কনাগুম্না রাহোংবুনিসু হায়।

কৃষ্ণাস্তু মেঘসঙ্কাশা অবহন্নুত্তমৌজসম্ । দুর্ব্বার্য্যাভিসন্ধায় ক্রুদ্ধং যুদ্ধায় ভারত ॥৮

তথা তিত্তিরিকল্মাষা হয়া বাতসমা জবে । অবহংস্তুমুলে যুদ্ধে সহদেবমুদায়ুধম্ ॥৯॥

দন্তবর্ণাস্তু রাজানং কালবালা যুধিষ্ঠিরম্ । ভীমবেগা নরব্যাঘ্রমবহন্ বাতরংহসঃ ॥১০॥

হেমোত্তমপ্রতিচ্ছন্নৈর্হয়ৈর্বাতসমৈর্জবে । অভ্যবর্ত্তন্ত সৈন্যানি সর্ব্বাণ্যেব যুধিষ্ঠিরম্ ॥১১॥

রাজ্ঞস্ত্বনন্তরো রাজা পাঞ্চাল্যো দ্রুপদোঽভবৎ । জাতরূপময়চ্ছত্রঃ সর্ব্বৈস্তৈরভিরক্ষিতঃ ॥১২॥

ললামৈর্হরিভির্যুক্তঃ সর্ব্বশব্দক্ষমৈর্যুধি । রাজ্ঞাং মধ্যে মহেষ্বাসঃ শান্তভীরভ্যবর্ত্তত ।

তং বিরাটোঽন্বয়াচ্ছীঘ্রং সহ সর্ব্বৈর্মহারথৈঃ ॥১৩॥

কেকয়াশ্চ শিখণ্ডী চ ধৃষ্টকেতুস্তথৈব চ । স্বৈঃ স্বৈঃ সৈন্যৈঃ পরিবৃতা মৎস্যরাজানমন্বযুঃ ॥১৪॥

তে তু পাটলিপুষ্পাণাং সমবর্ণা হয়োত্তমাঃ । বহমানা ব্যরাজন্ত মৎস্যস্যামিত্রঘাতিনঃ ॥১৫॥

---

চিংবা রথদা তোংদুনা ত্রত কল্লবা অকন্‌বা ক্ষত্রবর্ম্মাসু মপা ধৃষ্টদ্যুম্নবু ঙাক্ শেন্‌গে হায়রগীদমক য়াম্না আশা তৌনা, লালকম্‌লোমদা মমায় ওন্‌শিল্লকই ॥৫॥ শিখণ্ডীগী মচা ক্ষত্রদেবনা থম্বাল্ লৈনাগী মতৌগুম্না ঙাওলৈনরবা, মাল্লিকাগী মতৌগুম্ ঙৌরবা মমীৎ পান্‌বা, নীওথিজনা লৈতেংলবা শগোল্না চিংবা রথ অমদা তোংদুনা থুনা য়াঙ্‌না লাল্‌কম্ লোম্‌দা চশিল্লকই ॥৬॥ য়েংবদা ক্কজরব', তেনরাগী মচুগুম্ শংলবা, লৈতেং-ফিজোল্ মথল্ মথম্না লৈতেংলবা, কম্বোজ দেশদা পোক্‌পা শগোল্লচিংবা রথদা -তোংদুনা নকুলসু মহাক্কী পক্ষরোমদা থৌজিল্লকই ॥৭॥ ভরতনন্দন! নোংগী মতৌগুম্ শংনা মুরবা, শগোলশিং অদুনা থৌইনা শাউরবা কল্লবা উত্তমৌজাবু লাল্‌কম্‌দা পুশিল্লকলি ॥৮॥ লমখুনুগী মতৌগুম্ লৈচেং মচু ওইরবা, নুংশিৎকী মমাও থানা চেল্লবা শগোল্‌শিং অদুনা সহদেববু রণমথক্তা হাপ্‌কত্তুনা লাঞ্জাও মরক অদুদা পুশিল্লকলি ॥৯॥ শামু ময়াগুম্ ঙৌরবা, মুরবা মতুনা মঙকৃতম্‌দা পরেংশানা হৌরবা, নুংশিৎকী মতৌগুম্ য়াঙলবা শগোল্‌শিং অদুনা যুধিষ্ঠিরবু রথদা হাপ্তুনা লাল্‌ফম্‌দা পুশিল্লকলি ॥১০॥ সনাগী ফজ ফজরবা লৈতেংনা থল্লবা, য়াঙবদা নুংশিৎকা মান্নরা শগোল্না চিংলবা মাগী মাগী রথদা তোংখৎনদুনা লাম্নীরথী পুম্নমক্ যুধিষ্ঠিরগী অকোয়বদা লৈগনা লাল্‌কম্‌লোম্‌দা চঙশিন্‌খি ॥১১॥

পাঞ্চালনিংথৌ দ্রুপদনা কোক্‌থক্তা সনাগী চৎলবা পে খান্দুনা, মাগী লাম্মী খোঙলোয পুম্নমক্না লোয়ননা যুধিষ্ঠিরগী তুংদা চংখি ॥১২॥ লান্দা থুৎলায়গী অমাদি পুংশেল যন্ত্রগী য়াক্লবা খোঞ্জেলবু তাদুনা তপ্‌পনা খাঙ্‌দুনা লৈবা ঙম্নবা, শগোলগী মনুংদা অথোইবান হাবনা থন্‌গৎলবা, য়াঙলবা ফম্বা শগোল্না চিংলবা রথদা তোংখত্তুনা দ্রুপদ নিংথৌ অসি, অতোপ্‌ অতোপ্পা নিংথৌশিংগী মরক্তা ঙাম্মোইনা চৎলম্মী। অদুগী তুংদা লাম্মী-নিংথৌশিংবু লোয়ননা বিরাট নিংথৌ দ্রুপদ নিংথৌগী তুংদা চংখি ॥১৩॥ কেকয় দেশগী অকন্‌বশিং, শিখণ্ডী অমদি ধৃষ্টকেতু—মখোয়সিনা মশামাগী লাম্মী মপেগা লোয়ননা বিরাটকী তুংদা চৎলম্মী ॥১৪॥ য়েক্কবা হাৎণবা বিরাটকী

হরিদ্রাসমবর্ণাস্তু জবনা হেমমালিনঃ। পুত্রং বিরাটরাজস্য সত্বরং সমুদাবহন্॥১৬॥
ইন্দ্রগোপকবর্ণৈস্তু ভ্রাতরঃ পঞ্চ কেকয়াঃ। জাতরূপসমাভাসাঃ সর্বে লোহিতকধ্বজাঃ॥১৭॥
তে হেমমালিনঃ শূরাঃ সর্বে যুদ্ধবিশারদাঃ। বর্ষন্ত ইব জীমূতাঃ প্রত্যদৃশ্যন্ত দংশিতাঃ॥১৮॥
আমপাত্রনিকাশাস্তু পাঞ্চাল্যমমিতৌজসম্। দান্তাস্তাম্রারুণা দিব্যাঃ শিখণ্ডিনমুদাবহন্॥১৯॥
তথা দ্বাদশসাহস্রাঃ পাঞ্চালানাং মহারথাঃ। তেষান্তু ষট্‌সহস্রাণি যে শিখণ্ডিনমন্বযুঃ॥২০॥
পুত্রস্তু শিশুপালস্য নরসিংহস্য মারিষ। আক্রীড়ন্তো বহন্তি স্ম সারঙ্গশবলা হয়াঃ॥২১॥
ধৃষ্টকেতুস্তু চেদীনামৃষভোঽতিবলোদিতঃ। কাম্বোজৈঃ শবলৈরশ্বৈরভ্যবর্ত্তত দুর্জয়ঃ॥২২॥
বৃহৎক্ষত্রন্তু কৈকয়ং সুকুমারং হয়োত্তমাঃ। পলালধূমসঙ্কাশাঃ সৈন্ধবাঃ শীঘ্রমাবহন্॥২৩॥
রুক্মভাণ্ডপ্রতিচ্ছন্নাঃ কৌশেয়সদৃশা হয়াঃ। ক্ষমাবন্তোঽবহন্ সংখ্যে সেনাবিন্দুমরিন্দমম্॥২৪॥
যুবানমবহন্ যুদ্ধে ক্রৌঞ্চবর্ণা হয়োত্তমাঃ। কাশ্যস্যাভিভুবঃ পুত্রং সুকুমারং মহারথম্॥২৫॥

---

শগোলশিং অসি পাটলি কৌবা লৈগী মতৌগুম্না অতোৌবগা অঙাংবা মচুগা অনীনা তীল্লি। অহুগুম্বা কজরবা শগোলশিংনা চিংবা, রথ মথক্তা বিরাটনিংথৌ অসি থোইদোক্না নিংখিজরম্মী॥১৫॥ য়াইঙং মচুমান্‌বা, সনানা লৈতেংবা শগোল্‌শিংনা বিরাটনিংথৌগী মচাশিংবু লাল্‌কম্‌দা পুশিন্‌খি॥১৬॥ সনাগী মচু মান্‌বা অঙাংবা কিয়াল থেৎপা, কেকয় দেশগী মচৌমনাও মঙানা, কাংচেৎ মচুগুম্বা মান্‌বা শগোলনচিংবা রথদা তোংদুনা লাল্‌কম্‌দা চংশিন্‌খি॥১৭॥ সনরীকৃশিবা, কল্লবা, লান্দা থোইদোক্ত হৈশিংলবা, লালগী মপূংফানা শেম্‌শারবা কেকয়দেশগী মচীন্‌মনাওশিং অদু য়েংবদা চুথগদবগী ভাইদুনা লৈরবা নোং মতুম মতুম্‌গী মতৌগুম্না উখি॥১৮॥ মৈ মুম্না ঈকত্রিবা চফূগী মচুমান্‌বা তুম্বুরু কৌবা গন্ধর্বনা পীরম্বা শগোলনচিংবা রথদা, পাঞ্চম্ লৈতনা কল্লবা পাঞ্চালনিংথৌগী মচা শিখণ্ডীনা লাল্‌কম্‌লোম্‌দা চঙশিনখি॥১৯॥ পাঞ্চাল লাম্মীশিংগী মলুংদা মহারথী লিশিং তরা-নিথোই য়াওরম্মী। মখোয়দুগী মলুংদা লিশিং তরুক্না শিখণ্ডীগী মতুং ইন্নখি॥২০॥

ইকাইখুম্নবগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ! সারঙ্গ কৌবা শজীগী মচুগুম্ তগুপ্‌ তয়েংবা মচুনা তিল্লবা শগোল্‌শিং অদুনা নিপাঅথোইবা শিশুপালগী মচা ধৃষ্টকেতুবু লাল্‌কম্‌দা পুশিন্‌খি॥২১॥ চেদি দেশগী অথোইবা, থোইদোক্না থোয়রবা, অমনা লায়না শুম্‌কত্রবা, ধৃষ্টকেতু অসি কম্বোজ দেশগী, তগুপ্‌ তয়েংবা মচুনা তিল্লবা শগোয়চিংবা রথ অদুদা তোংদুনা দ্রোণ তম্না কুজিন্‌খি॥২২॥ লৌবুক্তা লৈবা, লুমিৎকী মঙাম্ন য়েরবা, কংলবা চরু মপেগী মচু মাল্লবা, সিন্ধুদেশ (সিন্ধু) গী শগোল্‌শিংনা, কেকয়দেশগী, মশামউ থোৎলবা বৃহৎক্ষেত্রবু লাল্‌কম্‌দা থুনায়াঙনা পুশিন্‌খি॥২৩॥ সনা হুৎলবা কিজোল লৈতেংনা থল্লবা সনাফিগী মচু মাল্লবা, খাঙ্‌বকল্লবা, মখিল্‌লৈরবা, শগোল্‌শিংনা য়েরুববু নৈহৎপা ওম্বা সেনাবিন্দুবু লাল্‌কম্‌দা মম্বাম্নদা থুনায়াঙনা পুশিন্‌খি॥২৪॥ ভাম্বু শ্রৌঞ্চগী মচুমাল্লবা য়াঙলবা কয়বা শগোল্‌শিংনা, পাখং মপুং ফাববা, কল্লবা মশাদি ভক্তৌ সুকৌবিবা,

শ্বেতাস্তু প্রতিবিন্ধ্যং কৃষ্ণগ্রীবা মনোজবাঃ। যন্তুঃ প্রেষ্যকরা রাজন্! রাজপুত্রমুদাবহন্ ॥২৬॥
সুতসোমন্তু যং সৌম্যং পার্থঃ পুত্রমজীজনৎ। মাষপুষ্পসবর্ণাস্তমবহন্ বাজিনো রণে ॥২৭॥
সহস্রসোমপ্রতিমো বভুব পুরে কুরূণামুদয়েন্দুনাম্নি।
তস্মিন্ জাতঃ সোমসংক্রন্দমধ্যে যস্মাত্তস্মাৎ সুতসোমোঽভবৎ সঃ ॥২৮॥
নাকুলিন্তু শতানীকং শালপুষ্পনিভা হয়াঃ। তরুণাদিত্যসঙ্কাশাঃ শ্লাঘনীয়মুদাবহন্ ॥২৯॥
কাঞ্চনাপিহিতৈর্যোক্ত্রৈর্ময়ূরগ্রীবসন্নিভাঃ। দ্রৌপদেয়ং নরব্যাঘ্রং শ্রুতকর্ম্মাণমাহবে ॥৩০॥
শ্রুতকীর্ত্তিং শ্রুতনিধিং দ্রৌপদেয়ং হয়োত্তমাঃ। ঊহুঃ পার্থসমং যুদ্ধে চাষপত্রনিভা হয়াঃ ॥৩১॥
যমাহুরধ্যর্দ্ধগুণং কৃষ্ণাৎ পার্থাচ্চ সংযুগে। অভিমন্যুং পিশঙ্গাস্তং কুমারমবহন্ রণে ॥৩২॥
একস্তু ধার্ত্তরাষ্ট্রেভ্যঃ পাণ্ডবান্ যঃ সমাশ্রিতঃ। তং বৃহন্তো মহাকায়া যুযুৎসুমবহন্ রণে ॥৩৩॥
পলালকাণ্ডবর্ণাস্তু বার্দ্ধক্ষেমিং তরস্বিনম্। ঊহুঃ সুতুমুলে যুদ্ধে হয়া হৃষ্টাঃ স্বলঙ্কৃতাঃ ॥৩৪॥
কুমারং শিতিপাদাস্তু রুক্মচিত্রৈরুরশ্ছদৈঃ। সৌচিত্তিমবহন্ যুদ্ধে যন্তুঃ প্রেষ্যকরা হয়াঃ ॥৩৫॥

---

অভিভু কৌরবা মহারথী কাশীরাজগী মচাবু লালকমদা পুশিনখি ॥২৫॥ মহারাজ। মশা অতৈদি ভৌরগা, মথাদি মুবা, পুক্রিংগুম্ য়াঙলবা, সারথিনা থোবা—হায়বত ইল্লবা, শগোল্ মরিনা যুধিষ্ঠিরগী মচা প্রতিবন্ধ্যবু লালকম্ময়ায়দা পুশিনখি ॥২৬॥ ভীমসেনগী মচা, মপাগুম্ কল্লবা সুত-সোমবু, শগোল্ হরাই মচু মাল্লবা শগোল্শিংনা লাল্লক্ত পুশনাখ ॥২৭॥ মহারাজ! ভীমসেনগী মচা সুতসোম হায়বসে, অহুতৈ উদযেন্দু কৌবা নগর অহুদা সোমযাগ কৌবা যজ্ঞ তৌরিঙৈ মতমদা পোক্লাখবনি। অহুনা মাগী মাম সুতসোম হায়না শোনখি। অতাং অ।স পোকপমতমদা সোম (থ) লিশিং অমগী মঙাল্গুম ঈরংলংনা পোকখি। অহুমক্তনসু সুতসোম হায়না কৌখিবনি ॥২৮॥ চীঙগুমপালগুম্ ভোরবা, ছন্দোরকপা নুমিৎকী মশেক্কুম্ শংলবা শগোল্শিংনা, নকুলগী মচা, থাগৎ-নিঙাই ওইরবা গুণখিবিরুা াঙল্লবা অকন্বা শতানীক হায়বত্তুবু লালকমদা পুশিনখ ॥২৯॥ সনা হুৎলবা চুপ্লীনা খয়াৎকী লৈতেং ওইবা, তগুপ্তরেনা ফজরবা কিনা থবাকখাং ওইবা, রাহোংগী মঙক্শমগী মচুমানবা, ফজরবা শগোল্ মরিন, অর্জ্জুনগী মচা, নিপাঅথোক্লবা শ্রুতকর্ম্মবু পুশিনখি ॥৩০॥ লোংগোবীগী মচু মান্বা শগোল্শিংন রথদা হাপ্লনা, দ্রৌপদীগী গর্ভদগী সহদেবগী ইদগী পোক্লপা শাস্ত্রপুম্ব হৈরবা, কন্বদা মপম্হৌ অকনবা অর্জ্জুনগা অম্মা ওইরবা, শ্রুতকীর্ত্তিবু লালকমদা পুশিনখি ॥৩১॥ কৃষ্ণ অমদি মপা অর্জ্জুনদগী শক্তি খাই অমা হেন্ন কন্বা অভিমন্যুবু মেমাম্বা মচুগী শগোল্ মরিনা লালকমদা পুশিনখি ॥৩২॥ মহারাজ! মহারাজগী নজাঈবুক্সোশিংগী মনুংদা মহাক্তদি পাণ্ডবকী পক্কদা য়াওখিবা, যুযুৎসুবু কল্লবা বা চাওরবা শগোল্ মরিনা লালকমদা পুশিনখি ॥৩৩॥ কাংলবা লংলবা চক্তগী মচুমান্বা রাউনা নাপু মচু মাল্লবা, রাম্না কজনা লৈতেংলবা শগোলশিংনা, কল্লবা বার্দ্ধক্ষেমিবু লাক্লাও মনুং অমদা পুশিনখি ॥৩৪॥ মখোংমরবা, সনাহুৎলবা খুজাকপাজনা লৈতেংলবা, সারখিগী ঈজিত খঙলবা শগোল্শিংনা সৌচিত্তিবু লালকমদা পুশিনখি ॥৩৫

ঋক্ষপৃষ্ঠাবকীর্ণাস্তু কৌশেয়সদৃশা হয়াঃ। সুবর্ণমালিনঃ ক্ষান্তাঃ শ্রেণিমন্তমুদাবহন্ ॥৩৬॥
রুক্মমালাধরাঃ শূরা হেমপৃষ্ঠাঃ স্বলঙ্কৃতাঃ। কাশিরাজং নরশ্রেষ্ঠং শ্লাঘনীয়মুদাবহন্ ॥৩৭॥
অস্ত্রাণাঞ্চ ধনুর্বেদে ব্রাহ্মে বেদে চ পারগম্। তং সত্যধৃতিমায়ান্তমরুণাঃ সমুদাবহন্ ॥৩৮॥
যুক্তৈঃ পরমকাম্বোজৈর্জবনৈর্হেমমালিভিঃ। ভীষয়ন্তো দ্বিষৎসৈন্যং যমবৈশ্রবণোপমাঃ ॥৩৯॥
প্রভদ্রকাস্তু কাম্বোজাঃ ষট্সহস্রাণ্যুদায়ুধাঃ। নানাবর্ণৈর্হয়ৈঃ শ্রেষ্ঠৈর্হেমবর্ণরথধ্বজাঃ ॥৪০॥
শরব্রাতৈর্বিধুন্বন্তঃ শত্রূন্ বিততকার্মুকাঃ। সমানমৃত্যবো ভূত্বা ধৃষ্টদ্যুম্নং সমন্বয়ুঃ ॥৪১॥
(বিশেষকম্)

বভ্রুকৌশেয়বর্ণাস্তু সুবর্ণবরমালিনঃ। উহুরগ্লানমনসশ্চেকিতানং হয়োত্তমাঃ ॥৪২॥
ইন্দ্রায়ুধসবর্ণৈস্তু কুন্তিভোজো হয়োত্তমৈঃ। আয়াৎ সদশ্বৈঃ পুরুজিন্মাতুলঃ সব্যসাচিনঃ ॥৪৩॥
অন্তরীক্ষসবর্ণাস্তু তারকাচিত্রিতা ইব। রাজানং রোচমানং তে হয়াঃ সংখ্যে সমাবহন্ ॥৪৪॥
কর্বুরাঃ শিতিপাদাস্তু স্বর্ণজালপরিচ্ছদাঃ। জারাসন্ধিং হয়াঃ শ্রেষ্ঠাঃ সহদেবমুদাবহন্ ॥৪৫॥
যে তু পুষ্করনালস্য সমবর্ণা হয়োত্তমাঃ। জবে শ্যেনসমাশ্চিত্রাঃ সুদামানমুদাবহন্ ॥৪৬॥

---

মনজন্দা সনাহৎলবা কিজোম্নকুপ্নবা, সনম্নীক্ পম্নেংশিন্নবা, সনাক্পিগেগী মচু মাপ্নবা কপ্নবা শগোল শিংনা শ্রেণিমানবু লালকম্দা পুশিনখি ॥৩৬॥ সনম্নীকপম্নেংনা শুকশম্দা লৈতেংবা অলঙ্কার-পুম্নমক্ত তিপ্নবা শগোলশিংনা, থাগৎনিঙাই ওইরবা শুণপুম্বনা তিপ্নবা কাশীরাজবু লালকম্দা পুহ্নবা চঙশিন্‌খি ॥৩৭॥ ব্রহ্মবাদী ওইরবা, উপনিষদ্ অমদি ধনুর্বেদনচিংবা অতোপ্ অতোপ্পা শাস্ত্রদা হৈশিংলবা সত্যধৃতিবু ঙাওগ্রানরবা মচুগী শগোল্‌শিংনা লাল্‌কম্দা পুশিল্লম্মী ॥৩৮॥ যম অমদি কুবেরগা মান্নবা কপ্নবা প্রভদ্রকা লিশিং তরুক্ অহুগা কম্বোজদেশগী লান্দীশিংনা মাংগীমাগী থুংলাব পাযখত্তুনা কপ্নবা, সনম্নীকপম্নেং শিব, লাল্‌গী মতিক্‌চারবা শগোল্‌শিং অহুগ, লোম্ননবা যেক্লবশিংগী থম্মোযদা, অকিব মিপাইবা পোক্‌হল্লুনা মচু মচুগী শগোল্‌নচিংবা রথদা তোংখৎতুনা সনকপ্পা কিরাল্ মথল মথল হাইগত্তুনা, মাগী মাগী চাউর চাউরবা লীরুং অহুদা লীমী হাপ্তুনা তেঙ্গা থোংতুনা, য়েক্লবং লান্মীশিংবু খোইরেল মশা পাইহল্লুনা, পোক্‌পগশিবগা, লৈবগলৈত্তবগা অম্মানি হায়্বনা খল্লোক্‌তুনা, অকিবলৈতনা ধৃষ্টদ্যুম্নগী মতুং ইন্‌খি ॥৩৯-৪০॥ সনম্নীকপম্নেংশিন্নবা নাপুমচুমাপ্নবা কপ্নবা, মম্নিল্‌লৈরবা শগোল্‌না চিংবা রথদা তোংচুনা কপ্নবা চেকীতাননা লালকম্দা চঙ্‌শিন্‌খি ॥৪২॥

অর্জুনগী মাগী মাম, কুন্তিভোজ বংশগী পুরুজিৎনা চুম্‌থাং খানবগী মচু মাপ্নবা তোঙাল্ তোঙান্‌বা মচুনা তিপ্নবা, য়াঙলবা শগোম্নচিংবা রথদা তোংচুনা লালকম্দা চঙশিন্‌খি ॥৪৩॥ নোংমদোন মচু মাপ্ন শংবাপ্নবা থরানমিচাকী মতৌ শুম্না, তপ্‌তয়েংলবা, য়ম্মিং চৎলবা শগোল্‌শিংনা রোচমানবু রথদা হাপ্তুনা লালকম্দা পুশিন্‌খি ॥৪৪॥ তোঙাল্ তোঙান্‌বা মচুনা য়েক্‌খোংলবা মখোং মুনা তাঙ্‌বা সনাগী কিজোম্না কুপ্নবা, লৈজোং মথল্ মথল্ তিপ্নবা শগোল্‌শিংনা জরাসন্ধগী মচা সহদেববু লালকম্দা পুশিন্‌খি ॥৪৫॥ থম্বাল মশোক্কী মতৌ শুম্ শংবাপ্নবা, য়াঙ্‌থবা

শশলোহিতবর্ণাস্তু পাণ্ডুরোদ্গতরাজয়ঃ । পাঞ্চাল্যং গোপতেঃ পুত্রং সিংহসেনমুদাবহন্ ॥৪৭॥
পাঞ্চালানাং নরব্যাঘ্রো যঃ খ্যাতো জনমেজয়ঃ । তস্য সর্ষপপুষ্পাণাং তুল্যবর্ণা হয়োত্তমাঃ ॥৪৮॥
মাষবর্ণাস্তু জবনা বৃহন্তো হেমমালিনঃ । দধিপৃষ্ঠাশ্চিত্রমুখাঃ পাঞ্চাল্যমবহন্ দ্রুতম্ ॥৪৯॥
শূরাশ্চ ভদ্রকাশ্চৈব শরকাণ্ডনিভা হয়াঃ । পদ্মকিঞ্জল্কবর্ণাভা দণ্ডধারমুদাবহন্ ॥৫০॥
রাসভারুণবর্ণাভাঃ পৃষ্ঠতো মূষিকপ্রভাঃ । বল্গন্ত ইব সংযত্তা ব্যাঘ্রদত্তমুদাবহন্ ॥৫১॥
হরয়ঃ কালকাশ্চিত্রাশ্চিত্রমাল্যবিভূষিতাঃ । সুধন্বানং নরব্যাঘ্রং পাঞ্চাল্যং সমুদাবহন্ ॥৫২॥
ইন্দ্রাশনিসমস্পর্শা ইন্দ্রগোপকসন্নিভাঃ । কায়ে চিত্রান্তরাশ্চিত্রাশ্চিত্রায়ুধমুদাবহন্ ॥৫৩॥
বিভ্রতো হেমমালাস্তু চক্রবাকোদরা হয়াঃ । কোশলাধিপতেঃ পুত্রং সুক্ষত্রং বাজিনোঽবহন্ ॥৫৪॥
শবলাস্তু বৃহন্তোঽশ্বা দান্তা জাম্বূনদস্রজঃ । যুদ্ধে সত্যধৃতিং ক্ষৈমিমবহন্ প্রাংশবঃ শুভাঃ ॥৫৫॥
একবর্ণেন সর্ব্বেণ ধ্বজেন কবচেন চ । অশ্বৈশ্চ ধনুষা চৈব শুক্লৈঃ শুক্লো ন্যবর্ত্তত ॥৫৬॥

---

খুমুথ্রগুঙুম্বা- লৈতেং মথল্ মথম্না তিন্নবা শগোল্শিংনা সুদামাবু লালকম্‌দা পুশিন্খি ॥৪৬॥ শশহরিণ কৌবা শজীগী কুচুগী মতৌঙুম্ ভাগুলবা, মথাদি ভৌয়োক ভৌবা শগোলশিং অহ্নুনা পাঞ্চালদেশগী গোপতিগী মচা সিংহসেনবু লালকম্‌দা পুশিন্খি ॥৪৭॥ পাঞ্চাল্দেশগী অকন্বশিংগী মনুংদা অখোইবনি হাযরিবা, জনমেজয় হায়না কাওরবা অকন্বহু গী হংগাম্ মপান্গী মচুঙুম্ নাপুমচু মান্নবা শগোলশিংনা মহাকপু লালকম্‌দা পুশিন্খি ॥৪৮॥ শগোলহরাই মচু মানবা থোই-দোক্না য়াঙলবা, থোইদোক্না রাং চাউরবা, সনয়ীক্ পরেংশিবা, ময়াংলেম্না শংজাম মপান্ঙুম্ ভৌয়োক ভৌবা মচীন্না মরাং মরাংবা শগোলশিংনা পাঞ্চাল্য কৌবা অকনবদ্রুবু লালকম্‌দা পুশিনখি ॥৪৯॥ শীঙনাং মখোক্ অমদি পদ্মাল্‌শৈবীক্রম্ অংঙৌবগা নাপুগা পুম্ববা মচুনা তিন্নবা মপাঙ্গল কন্নবা, করবা শগোলশিং অহ্নুনা দণ্ডধার কৌবা অকনবহুবু লালকম্‌দা পুশিনখি ॥৫০॥ শকক্ অতৈদনা লোলাগী মচুমানবা, ময়াংলেন্না উচিগী মচুঙুম্বা কন্নবা য়াঙলবা শগোলশিংনা, খৌশাখৌশাহ্নুনা চোংচোংহ্নুনা কন্নবা ব্যাঘ্রদত্ত হায়বহুবু লালকম্‌দা পুশিনখি ॥৫১॥ মরাং মরাংবা, মচুমচুগী লৈপরেং অমদি সনয়ীক্ পরেং মঙকী লৈতৈং ওইরিবা, কালকদেশগী কন্নবা কজরবা শগোলশিংনা, পাঞ্চালদেশগী নিপা অখোইবা, সুধন্বাবু লালকম্‌দা পুশিনখি ॥৫২॥ ইন্দ্রগী বজ্রগী মতৌঙুম্না মশা কন্নবা উইরবা নাচলগী মতৌঙুম্না লাংনাঙাগুলবঃ মরুকী ময়ায় চবুক্তা, লংনা মরাং মরাংবা, শগোলশিং অহ্নুনা, চিত্রায়ুধবু লালকম্‌দা পুশিনখি ॥৫৩॥ সনয়ীক্ পরেং শিবা, ভাম্বুখজোংগী মথাগী মচুমান্‌বা কন্নবা রাং চউরবা শগোল-শিংনা কোশলদেশগী নিংথৌগী মচা সুক্ষত্রবু লালকম্‌দা পুশিনখি ॥৫৪॥ মচু-মরাং মরাংবা, মশামঙ্ঘ রাক্লাউরবা, য়ায়া নীঙখিনা ভম্বিহ্নুনা হৈরবা, মঙকৃশম্‌দা সনয়ীক্ পরেংশিরবা, অকবা লক্ষণ (খুরম্) পুম্ববা তিন্নবা, শগোলশিংহ্নুনা পাখংপা মিপাইবা শঙ্জবা, তপথরবা, ক্ষেমিবু লালকম্‌দা পুশিনখি ॥৫৫॥ শুক্ল কৌবা অকনবহুম্ন লালকম্লো খুদা য়াম্রনা চঙশিন্খি । মহাকৌদি, কনাগী

সমুদ্রসেনপুত্রন্তু সামুদ্রা রুদ্রতেজসম্ । অশ্বাঃ শশাঙ্কসঙ্কাশাশ্চন্দ্রসেনমুদাবহন্ ॥৫৭॥
নীলোৎপলসবর্ণাস্তু তপনীয়বিভূষিতাঃ । শৈব্যং চিত্ররথং সংখ্যে চিত্রমাল্যাবহন্ হয়াঃ ॥৫৮॥
কলায়পুষ্পবর্ণাস্তু শ্বেতলোহিতরাজয়ঃ । রথসেনং হয়শ্রেষ্ঠা সমূহুর্যুদ্ধদুর্মদম্ ॥৫৯॥
যন্তু সর্ব্বমনুষ্যেভ্যঃ প্রাহুঃ শূরতরং নৃপম্ । তং পটচ্চরহন্তারং শুকবর্ণাঽবহন্ হয়াঃ ॥৬০॥
চিত্রায়ুধং চিত্রমাল্যং চিত্রবর্ম্মায়ুধধ্বজম্ । ঊহুঃ কিংশুকপুষ্পাণাং সবর্ণা হয়োত্তমাঃ ॥৬১॥
একবর্ণেন সর্ব্বেণ ধ্বজেন কবচেন চ । ধনুষা রথবাহৈশ্চ নীলৈর্নীলোঽভ্যবর্ত্তত ॥৬২॥
নানারূপৈ রত্নচিত্রৈর্ব্বরূথধ্বজকার্ম্মুকৈঃ । বাজিধ্বজপতাকাভিশ্চিত্রৈশ্চিত্রোঽভ্যবর্ত্তত ॥৬৩॥
যে তু পুষ্করপর্ণস্য তুল্যবর্ণা হয়োত্তমাঃ । তে রোচমানস্য সুতং হেমবর্ণমুদাবহন্ ॥৬৪॥
যোধাশ্চ ভদ্রকারাশ্চ শরদণ্ডানুদণ্ডজাঃ । শ্বেতাণ্ডাঃ কুক্কুটাণ্ডাভা দণ্ডকেতুং হয়াঽবহন্ ॥৬৫॥
কেশবেন হতে সংখ্যে পিতর্য্যথ নরাধিপে । ভিন্নে কপাটে পাণ্ড্যানাং বিদ্রুতেষু চ বন্ধুষু ॥৬৬॥

---

লালফুরিৎ, কিরাল্, লীরুং অহুগা রথ শগোল লোইনা পুম্ভো ভৌই ॥৫৬॥ থাগী মচু মান্নবা, সমুদ্র মপান্দা পোক্পা শগোল্শিং অহুনা, রুদ্রগী মতৌঙম্ তেজ লৈরবা, শাউগন্নবা, সমুদ্র সেনগী মচা চন্দ্রসেন হায়বদুবু লাল্কম্দা পুশিন্খি ॥৫৭॥ থম্বাল অশংবগী মচুঙম্ শংলবা, সনাগী লৈতেংনা খন্নবা, য়েকখোৎলবা সনমীক্ লৈপয়েংনা লৈতেংবা শগোলশিংনা শিবিবংশগী চিত্ররথবু লানকমদা পুশিনখি ॥৫৮॥ কোম্বিরৈগী মচুঙম্ অঙাঙবগা অঙৌবগা য়ান্নরবা মঙ্গানবা, মশানা ভৌরুনবা কয়বা কন্নবা শগোলশিং অহুনা, লান্দা লাকঙম্ কাঙমদ্রবা রথসেনবু লালকম্দা পুশিনখি ॥৫৯॥ মী পুম্নমক্না খ্বাইদগী অকনবনি হায়নরিবা কন্তবশিংবু নৈহৎপা ঙম্বা নিংথৌবুনা, তেনবাগী মচুঙম্ শংবায়রবা, শগোলশিংনা লালকম্দা পুশিন্খি ॥৬০॥

কুমাওমপালঙম্ ভাঙ্লবা শগোলশিংনা, সনালুপাগী পরেং মথল মথম্না মঙকৃশমদা লৈতেংলবা, মথলমথা য়ান্নবা কিজোম্না লালফুরিৎকুম্ মশাদা কৃপ্পবা, খুৎলায় মথল ঙনা পুরবা চিত্রায়ুধবু লালকম্দা পুশিন্খি ॥৬১॥ নীলরাজ হায়বা অকনবহুনা দ্রোণতম্না চেনশিনখি মহাকীদি কিরালসু, লালফুরিৎসু, লীরুংসু অহুগা শগোলসু করিসু খোখোম্না ঈশং শংভি ॥৬১॥ অকনবা চিত্র হায়বহুসু দ্রোণ তম্না খৌজিনখি। মহাকীদি কনাগী, রথগী অম্বাগী, রথ, লীকং, শগোল, কিরাল মচা অচৌবা, খোখোম্না সনাভনা য়েক্খোৎলি। অহুনা য়েংবদা মীৎ অনি ভথক্ ভথক্ই ॥৬৩॥ থম্বাল অশংবগী লৈনাঙম্ শংলবা, করবা, কজরবা শগোম্না চিংবা মথদা রোচমানগী হেমবর্ণবু হাল্লনা মখোয়না মাবু লালকম্দা পুশিনখি ॥৬৪॥ লান্দা শীজিন্নবদা মতীক্ চাবরা, মঙলশীমশক্ ওইরবা, শীঙনাংগী মচুঙম্ রাউনা নাপু মান্নবা য়াঙলেন্নঃ মখোয়গী ওইবা, অণ্ডঃকার ( ঈশিংথোউ ) গী মশাক্ মেরুঙম্ ভৌরবা শগোলশিং অহুনা দণ্ডকেতুবু লালকম্দা চিংশিন্খি ॥৬৫॥

লান্‌থন্‌গী থোঙবা কান্নবয়ুদা,
পাণ্ড্যশিংগী মঙাল্‌ থোক্‌থোক্‌না দ্রোণবৎ,

ভীষ্মাদবাপ্য চাস্ত্রাণি দ্রোণাদ্রামাৎ কৃপাত্তথা। অস্ত্রৈঃ সমত্বং সংপ্রাপ্য রুক্মিকর্ণার্জ্জুনাচ্যুতৈঃ ॥৬৭॥
ইয়েষ দ্বারকাং হন্তুং কৃৎস্নাং জেতুঞ্চ মেদিনীম্। নিবারিতস্ততঃ প্রাজ্ঞৈঃ সুহৃদ্ভির্হিতকাম্যয়া ॥৬৮॥
বৈরানুবন্ধমুৎসৃজ্য স্বরাজ্যমনুশাস্তি যঃ। স সাগরধ্বজঃ পাণ্ড্যশ্চন্দ্ররশ্মিনিভৈর্হয়ৈঃ ॥৬৯॥
বৈদূর্য্যজালসংছন্নৈর্বীর্য্যদ্রবিণমাশ্রিতঃ। দিব্যং বিস্ফারয়ংশ্চাপং দ্রোণমভ্যদ্রবদ্বলী ॥৭০॥
(কুলকম্)

আরকূটকবর্ণাশ্চ হয়াঃ পাণ্ড্যানুযায়িনাম্। অবহন্ রথমুখ্যানামযুতানি চতুর্দ্দশ ॥৭১॥
নানাবর্ণেন রূপেণ নানাকৃতিমুখা হয়াঃ। রথচক্রধ্বজং বীরং ঘটোৎকচমুদাবহন্ ॥৭২॥
বর্ণৈরুচ্চাবচৈরশ্বৈঃ সদশ্বানাং প্রভদ্রকাঃ। সংস্তবর্ত্তন্ত যুদ্ধায় বহবো দেবরূপিণঃ ॥৭৩॥
তে যত্তা ভীমসেনেন সহিতাঃ কাঞ্চনধ্বজাঃ। প্রত্যদৃশ্যন্ত রাজেন্দ্র! সেন্দ্রা ইব দিবৌকসঃ ॥৭৪॥
অত্যরোচন্ত তান্ সর্ব্বান্ ধৃষ্টদ্যুম্নঃ সমাগতান্। সর্ব্বাণ্যভীত্য সৈন্যানি ভারদ্বাজো ব্যরোচত ॥৭৫॥

---

লান্দা কৃষ্ণনা মপা পাণ্ড্যরাজবু হাৎপ্রবদা।
ভীষ্মদ্রোণপরশুরাম-কৃপাচার্য্যগী মকমদা
কৃষ্ণ-অর্জ্জুন কর্ণ রুক্মীগা লাম্বা য়াম্বদা
খুৎলায়শুনা তম্প্রহুনা অচেংবা মকম্দা
দ্বারকাবু থুগাইহুনা পৃথ্বীবু জয় তৌগে খল্লবদা
শাগৈনাতৈ মরূপ মপাংশিংনা থাম্জিনবহুদা
কৃষ্ণগা য়েংখিনবা খাদোলকৃবা মতুংদা
মরৈবাক্তা হনখিহুনা লৈপাক্ শাকৃথিবা
পাণ্ড্যদেশগী কল্লবা সাগরধ্বজ কৌবা নিংথৌনা
মহাক্কী খোঙমী লাম্মী শক্তি পুম্বগা লোয়ননা,
থাগী মতৌগুম্ ঙৌরুনবা, বৈদূর্য্যমণিগী ঈন্না কুম্না
শগোল্নচিংবা রথদা তোংহুনা
দ্রোনাচার্য্যগী মায়কৈদা চঙশিন্থি ॥৬০—৭০॥

কোরি মচু মান্বা শগোলশিংনা, পাণ্ড্যনিংথৌগী খোঙলোয় রথী লক্ষা নিকুগী রথ লক্ষ নিকু চিংশম্মি ॥৭১॥ মচু অমত্তা মায়দবা, মমায়-মচীন তোঙাল্ তোঙালবা মওংগী শগোলশিংনা অকন্বা ঘটোৎকচবু পুহুনা চৎলম্মি। মহাক্কী রথগী কিয়াম্দা চক্র অমত্ত ময়েক্ই ॥৭২॥ লাইগী মতৌগুম্ প্রভদ্রক লান্মীশিংনা মচু অমত্ত মায়দবা শগোলশিংদা তোংহুনা লালকম্ময়োম্দা মমায় ঙনশিন্নকই ॥৭৩॥ মহারাজ! অসিগী তুংদা ইন্দ্রগা লোয়ননা লাইয়াম্গী মতৌগুম্না ভীমসেনগা লোয়ননা, থোইনা চোক্শিন্নবা, সনকুম্ম কিয়াম্ থেৎপা রথ তোংবা পাণ্ডবলান্মীশিং অহু ঙশুপ ঙয়েংলি। লালকম্দা ধৃষ্টদ্যুম্ন উরে ॥৭৪॥ পাণ্ডবপক্ষকী অঁহকু য়াম্বা লান্মী মপৈ অওগী করূবহু

অতীব শুশুভে তস্য ধ্বজঃ কৃষ্ণাজিনোত্তরঃ। কমণ্ডলুর্মহারাজ! জাতরূপময়ঃ শুভঃ ॥৭৬॥
ধ্বজস্তু ভীমসেনস্য বৈদূর্য্যমণিলোচনম্। ভ্রাজমানং মহাসিংহং রাজতং দৃষ্টবানহম্ ॥৭৭॥
ধ্বজন্তু কুরুরাজস্য পাণ্ডবস্য মহৌজসঃ। দৃষ্টবানস্মি সৌবর্ণং সোমং গ্রহগণান্বিতম্ ॥৭৮॥
মৃদঙ্গৌ চাত্র বিপুলৌ দিব্যৌ নন্দোপনন্দকৌ। যন্ত্রেণাহন্যমানৌ চ সুস্বনৌ হর্ষবর্দ্ধনৌ ॥৭৯॥
শরভং পৃষ্ঠসৌবর্ণং নকুলস্য মহাধ্বজম্। অপশ্যাম রথেঽত্যুগ্রং ভীষয়াণমবস্থিতম্ ॥৮০॥
হংসস্তু রাজতঃ শ্রীমান্ ধ্বজে ঘণ্টাপতাকবান্। সহদেবস্য দুর্দ্ধর্ষো দ্বিষতাং শোকবর্দ্ধনঃ ॥৮১॥
পঞ্চানাং দ্রৌপদেয়ানাং প্রতিমা ধ্বজভূষণম্। ধর্ম্ম-মারুত-শক্রাণামশ্বিনোশ্চ মহাত্মনোঃ ॥৮২॥
অভিমন্যোঃ কুমারস্য শার্ঙ্গপক্ষী হিরণ্ময়ঃ। রথে ধ্বজবরো রাজংস্তপ্তচামীকরোজ্জ্বলঃ ॥৮৩॥
এতে চান্যে চ বহবো ধ্বজা হেমবিভূষিতাঃ। তত্রাদৃশ্যন্ত শূরাণাং দ্বিষতাং শোকবর্দ্ধনাঃ ॥৮৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
সংশপ্তকবধে রথাদিচিহ্নকথনে একবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

---

নমহত্তুনা মহাসেনাপতি দৃষ্টদ্যুম্ননা থোইনা নীঙথিজখি। অদুগা অসোমদস্ত কৌরবপক্ষগী লাম্মী লাম্মীশিংগী কজবদুবু নমহত্তুনা মহাসেনাপতি দ্রোণাচার্য্যস্ত থোইনা নীঙথিজখি ॥৭৫॥ মহারাজ! গুরুদ্রোণগী রথগী ফিরান্দা কৃষ্ণমৃগা কোবা শজীগী মউন অমগা সনাগী য়ুবী থুজাই অমগা য়েক্তুনা লৈবদু য়েংবদা থোইনা নিংথিজৈ ॥৭৬। ভীমসেনগী ফিরান্দা চাউরবা সনরুপ্প নোংশাগী মূর্ত্তি অমা য়েক্ই। নোংশা অদুগী মমীত্তি লংলবা বৈদূর্য্যমণি অনীনা ওই। য়েংবদা ফজবা অকিবা পোক্ই ॥৭৭॥ তেজ কল্লবা, কুরুরাজ যুধিষ্ঠিরগী ফিরান্দা গ্রহ পূন্নবা লোয়নন। সনাগী থাগী মকোয় অমা য়েক্ই ॥৭৮॥ ফিরাল অদুগী মতোন্দা নন্দ উপনন্দ কৌবা চাউরবা পুং অনীমু থিল্লি। ফিরাল অদুগী মতোন্দা হায়্ন যন্ত্র (মরৈ) অমনা পুং অনীদুদ মৈথা ফুবদা ওন্থোক্লা নুংশিরবা খোজেল অম পোরক্ই ॥৭৯॥ নকুলগী পাক্চাউরবা ফিরান্দা আকবগী মশক্ ওইরবা শদুং অমা য়েক্ই। মাগী মনঙ্গল অদু থাংগৈশংবা সনা হত্তুনা শাবনি। য়েংবদা অকিবা ফংনা ফজৈ ॥৮০॥ সহদেবগী ফিরান্দ লুপাতনা শাবা লংলবা শরীক্ অমদি ফিরাল মচামচানা ফীরান্দা তঙুপ তরেংনা য়াল্লি। চাউরবা ফীরাল অদুগী ময়ায়দা, য়েন্নবশিংগী থম্মোয়দা অকিবা মিপাইবা পোক্লবগী মশক্ ওইরবা চাউরবা কাংঙা অমা য়েক্ই ॥৮১॥ দ্রৌপদীগী মচা মঙাগী ফিরাল মত্তাদা মথংনীংনা, যমরাজ, বায়ুদেবতা, ইন্দ্র, অশ্বিনীকুমারগী মূর্ত্তি য়েক্ই ॥৮২॥ অদুগা মহারাজ! অভিমন্যুগী ফিরান্দা, কুদোংলবা সনানা শাবা রাহোংগী মূর্ত্তি অমা য়েক্ই-নপ্লি ॥৮৩॥ মতম্ অসিদা অতৈ অতোপ্পা অকনবা লাম্মীশিংগী তোঙাল্ তোঙামবা মূর্ত্তিয়েকপা ফিরালমক্তা উবা ফংত্তি ॥৮৪॥

মকম্ অসিদা, শ্রীমহাভারতদা, লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লোংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা সংশপ্তকবধগী মমুংদা রথাদিচিহ্নকথনগী কুন্নমাথোইশুবা অধ্যায় লোয়রে ॥০॥

# শ্রীমহাভারতম্

## দ্বাবিংশোঽধ্যায়ঃ

( ধৃতরাষ্ট্রনা ওাঙ্বা মতাং )

কুন্নিথোইশুবা অধ্যায়ঃ

—:◌:—

### ধৃতরাষ্ট্র উবাচ

ব্যথয়েয়ুরিমে সেনাং দেবানামপি সঞ্জয়। আহবে যে ন্যবর্ত্তন্ত বৃকোদরমুখা রথাঃ

সম্প্রযুক্তঃ কিলৈবায়ং দিষ্টৈর্ভবাত পুরুষঃ। তাস্মিন্নেব চ সর্ব্বার্থাঃ প্রদৃশ্যন্তে পৃথগ্বিধাঃ ॥২॥

দীর্ঘং বিপ্রোষিতঃ কালমরণ্যে জটিলোঽজিনী। অজ্ঞাতশ্চৈব লোকস্য বিজহার যুধিষ্ঠিরঃ ॥৩॥

স এব মহতীং সেনাং সমাবর্ত্তয়দাহবে। কিমন্যদ্দৈবসংযোগান্মম পুত্রস্য চাভবৎ ॥৪॥

যুক্ত এব হি ভাগ্যেন ধ্রুবমুৎপদ্যতে নরঃ। স তথাকৃষ্যতে তেন ন যথা স্বয়মিচ্ছতি ॥৫॥

দ্যূতব্যসনমাসাদ্য ক্লেশিতো হি যুধিষ্ঠিরঃ। স পুনর্ভাগধেয়েন সহায়ানুপলব্ধবান্ ॥৬॥

অর্দ্ধং মে কেকয়া লব্ধাঃ কাশিকাঃ কোশলাশ্চ যে। চেদীনাশ্চার্দ্ধমপরে মামেব সমুপাশ্রিতাঃ ॥৭॥

**ধৃতরাষ্ট্রনা হায় ঃ**—সঞ্জয়! দ্রোণগা শোকননি হায়দুনা, ভীমসেননচিংবা, পাণ্ডবপক্ষগী অমুক্ হঞ্জিল্লকলিবা অকন্বা লাম্মীশং অদুদি লাইযাম্মকপুম্ন অরাবা পীবা ভম্গদোরিবনি ॥১॥ হায়রিবা মখোয়শিং অসে, খোদোক্ অসিগীদনক্ লাইনা থারক্লবা মীশক্মক্তনি। অস্মমখোকুউ হায়হনা লাইনা তম্থ্রবদুগীদি মহৈ শোধদনা উবা ফংঙি ॥২॥ য়েংঙ্দো সঞ্জয়! যুধিষ্ঠিরগুম্বনা উকু রাকু শেত্তুনা মকোক্তা জটাপুহুনা মতম্ কুইনা বনদা লৈরুইদো। কনা অমতনা মশক্ খঙ্দনা খঙহন্দনা চহী অমা চুপ্পা লৈরাটকী লৈনাক্তা লৈখদো ॥৩॥ মহাক্ অসিনা হৌজিক্ মশীং লাকৃতম্দবা লাম্মী ময়াম্ পুরক্তুনা লানকম্দা থুংভরি। মাসি অতকপা নত্রা? ঐগী ঈচাশিংগী মরায়বক্তা লাইনা (বিধাতানা) থীনা তম্খবা নত্তনা কর অম ওইনি? ॥৪॥ তাইবং মী হায়বসে, সঞ্জয়! মাগী মাগী লাইবক্তা অসুম্ খোকুউ হায়হুনা তম্খিবদুগী মতুংইন্না, চপ্ চপ্ চানা সংলায়দা লাকপা-পোক্লবমক্তনি। অদুনা মীনা, মহাক্তা পাম্জদবা থবক্ অমদি মহৈ অদুবু বিধাতানা নম্হুনা তৌহল্লি অমদি ফংহল্লি ॥৫॥ যুধিষ্ঠির অসে, অদুগী চৌথর অদুদা অন্নাবা খুদোংথিবা কয়া ফংঙ্রবনি। অদুবু হৌজিক্ অমুক্ মরায়বক্ কবনা মরূপ্ মপাং শাগৈ লাউত্থক্তা লত্তায়রে ॥৬॥ "কেকয়, কাশী অমদি কোশলদেশগী তংখাই অমা ফংলে। চেদি লৈপাক্কী তংখাই অমস্ু ঐতোপ্পা আশ্রয় তৌহুনা লৈরি। শাস্সুং মহারাজ! ঐগী শক্তদা লাক্কী

পৃথিবী ভূয়সী তাত। মম পার্থস্য নো তথা। ইতি মামব্রবীৎ সূত। মন্দো দুর্য্যোধনঃ পুরা ॥৮॥
তস্য সেনাসমূহস্য মধ্যে দ্রোণঃ সুরক্ষিতঃ। নিহতঃ পার্ষতেনাজৌ কিমতঃপরমেবতঃ ॥৯॥
মধ্যে রাজ্ঞাং মহাবাহুং সদা যুদ্ধাভিনন্দিনম্। সর্বাস্ত্রপারগং দ্রোণং কথং মৃত্যুরুপেয়িবান্ ॥১০॥
সমনুপ্রাপ্তকৃচ্ছ্রোঽহং মোহং পরমমাগতঃ। ভীষ্মদ্রোণৌ হতৌ শ্রুত্বা নাহং জীবিতুমুৎসহে ॥১১॥
যন্মাং ক্ষত্তাঽব্রবীত্তাত। প্রাপশ্যন্ পুত্রগৃদ্ধিনম্। দুর্য্যোধনেন তৎ সর্বং প্রাপ্তং সূত। ময়া সহ ॥১২॥
নৃশংসন্তু পরং তৎ স্যাত্ত্যক্ত্বা দুর্য্যোধনং যদি। পুত্রশেষং চিকীর্ষেয়ং কৃৎস্নং ন মরণং ব্রজেৎ ॥১৩॥
যো হি ধর্ম্মং পরিত্যজ্য ভবত্যর্থপরো নরঃ। সোঽস্মাচ্চ হীয়তে লোকাৎ ক্ষুদ্রভাবঞ্চ গচ্ছতি ॥১৪॥
অদ্য চাপ্যস্য রাষ্ট্রস্য হতোৎসাহস্য সঞ্জয়। অবশেষং ন পশ্যামি ককুদে মৃদিতে সতি ॥১৫॥
কথং স্যাদবশেষো হি ধুর্য্যয়োরভ্যতীতয়োঃ। যৌ নিত্যমুপজীবামঃ ক্ষমিণৌ পুরুষর্ষভৌ ॥১৬॥
ব্যক্তমেব চ মে শংস যথা যুদ্ধমবর্ত্তত। কেঽযুধ্যন্ কে ব্যপাকর্ষন্ কে ক্ষুদ্রাঃ প্রাদ্রবন্ ভয়াৎ ॥১৭॥

অসুক্য়াম্বসিগুমা যুধিষ্ঠিরগীদি লৈজবা নত্তে।" অসুমা মমাঙৈদা ঐগী মূর্খ ওইরবা ঈচা দুর্য্যোধন-সিনা হেক্ হেক্ হায়খিদো ॥৭—৮॥ দ্রোণ হায়বদে। অসুক্ চাউরবা লাম্মী মপৈ অহুনা কনা কয়' ডাক্শেন্দুনা মরৈখিবনি। অহুবু সঞ্জয়! ধৃষ্টদ্যুম্ননা হাৎপ্রে হায়না নংনা ঐঙোন্দা তম্লি। মাসি, "মরায় মক্তা তথা" হায়বত্থুনা নত্তনা, করিনা অমুক্ ওইগনি ? ॥৯॥ ওহোক্পনি! সঞ্জয়! কল্লবা, লান্দা হৈরবা, শাস্ত্র পূম্বা খঙলবা দ্রোণ অহুবু অশিবা হায়বা লাই অহুনা মত্তৌ কয়না লায়ক্তা লাক্তনা পুত্রবনোকো ॥১০॥ ঐ য়ামা সুংঙাইরক্রে সঞ্জয়! ঐ অসি তম্থিনা শুমহৎ-প্রমায়ে। ভীষ্মদ্রোণ লোংগাপ্রে হায়বা পাউ অসি তাবদা ঐ থরাই অসি পুবা ওম্মক্রে ॥১১॥ ঈবুঙো সঞ্জয়! ঈচাবু হক্চিম, সুংশিরবা ঐঙোন্দা জ্ঞানী ওইরবা বিদুরনা হায়খিবা তাক্খিবা অদুগী মতুংইনা, থবক্ পূম্বা মথং মথং থোক্লরে, মাদুগী মহৈবু ঐনা হৌজিক্ ঈচা দুর্য্যোধন অসিগা লোয়ননা কংলম্নি ॥১২॥ সঞ্জয় ঐ অসি, বিদুরনা হায়খিবা মতম্দুমক্তদা, দুর্য্যোধনবু তাম্থোক্প্রগা ঈচাশিং অতৈবু কন্বা, য়ারম্বনি। মাদুস্থ থোইদোক্না তম্খিবা থবক্ অমনিদি হায়বদু ঈচা অতৈদি কন্বা য়ারম্বনিদে। সঞ্জয়! ১৩॥ ধর্ম্মবু থাদোক্লুনা, ধনসম্পত্তিতবু তান্শিন্বশিং অদুদি ইহলোক্ত ভ্রষ্ট ওইদুনা হয়েংমুক্কী মপোক্তসু নরককী তৌল ওইদুনা মপোক্লুরনি ॥১৪, সঞ্জয়! ঐগী পক্কগী অমদি লৈপাক্ মপুম্ অসিগী মক্ব ওইবা অথোইবা নিপা অনী চৎখিবসিদা মী পূম্নমক্কী মপূক্কীং য়ৈথৎখরমিনি। অদুনা, হৌজিক্ লৈহোৌরিবা লৈপাক্ তংথাইসি কাওবা ঈথুৎ চনুগনি হায়বা কাওবা থাজরক্রে ॥১৫॥ মথোয় অনী লৈ হায়বগী আশাদা থবক্ অসি পায়খৎলুবা, নিপা অথোইবা ভীষ্ম-দ্রোণ কোবা অনীদুস্থ চংথ্রে। অদুনদি, হায়মু, সঞ্জয়! ঐখোয়গীনি হায়দুনা লেমহৌরিবা লৈপাক্ তংথাইসিমস্থ করমা, কয়াকুইনা ঐখোয়গী ওইদুনা লৈপদৌরিবনো, ॥১৬॥ করে, হৌজিক্তিগমঙায়ে। লীবগী লীবা, মথা লীথরো। শ্যাল অশিন্ন্যু কয়া মক্তৌ

মনস্তাপশ্চ মে শংস বধ্যমানে বৃকোদরে। তস্মাদ্ভয়ং সো ভূমিষ্ঠং ভ্রাতৃব্যাচ্চ বৃকোদরাৎ ॥১৮॥
যথাসীচ্চ নিবৃত্তেষু পাণ্ডবেয়েষু সঞ্জয়। । মম সৈন্যাবশেষস্য সন্নিপাতঃ সুদারুণঃ ॥১৯॥
কথঞ্চ বো মনস্তাত। নিবৃত্তেষ্বতদা। মামকানাঞ্চ কে শূরাঃ কাংস্তত্র সমবারয়ন্ ॥২০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
সংশপ্তকবধে ধৃতরাষ্ট্রবাক্যে দ্বাত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥৩২॥ *

---

অসিগুম্না চংথরম্লবদা, ঐখোয়গী পক্ষগী অকন্‌বা কনা কনানা য়েক্লবা পাণ্ডবলাম্মিশিংবু থিংখিবগে? পাণ্ড্রবা, মবুকচেল পীক্লবা কনা কনানা লালকম্ থাদোক্তুনা চেন্‌খিবগে? পুন্নমক্ অসি অমত্ত রাক্তনা তম্‌থৌ ॥১৭॥ রথি অখোইবা অর্জ্জুননা তৌখি তৌখিবা থবক্ অহু লোইনা তম্মু। মরম্‌দি মমাঙৈদগী ঈচাশিংগী য়েক্লবা ওইরবা অর্জ্জুন অমদি ভীমগী মকম্‌দগী চিংনবা অকিবা য়াম্না পোক্‌খি ॥১৮॥ সঞ্জয়! মমায় ওন্নুনা চেন্নুরবা পাণ্ডব লাম্মীশিংনা ঐখোয়গী লেম্‌হৌরিবা লাম্মীশিংগী মথক্তা তৌখিবা তম্‌থিরবা থবক্ মখৈ তম্মু, তাগে ॥১৯॥ সঞ্জয়! পাণ্ডবলাম্মীশিংনা অমুক্ মমায় লৈশিন্নকপত্থু উবদা, অউবা মখোয়গী পুক্নীংহু কম্‌দৌখি? ঐখোয়গী পক্ষগী অকন্‌বা কনা কনানা, য়েক্লবকাণ্ডবুগী অকন্‌বা কনা কনাগা লাম্বা ওইহনা থেংনখি? ॥২০॥

মকম্ অসিদা, শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংব সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা সংশপ্তকবধগী মনুংদা ধৃষ্টরাষ্ট্রবাক্যগী কুন্নিথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩২॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ত্রয়োবিংশোঽধ্যায়ঃ

( মপা। মপা। শোরুবা মতাং )

কুনুহুমদোইশুবা অধ্যায়

——:•:——

### সঞ্জয় উবাচ

মহত্তৈরবমাসীন্নঃ সন্নিবৃত্তেষু পাণ্ডুষু। দৃষ্ট্বা দ্রোণং ছাদ্যমানং তৈর্ভাস্করমিবাম্বুদৈঃ ॥১॥
তৈশ্চোদ্ধূতং রজস্তীব্রমবচক্রে চমূং তব। ততো হতমমংস্যাম দ্রোণং দৃষ্টিপথে হতে ॥২॥
তাংস্তু শূরান্ মহেষ্বাসান্ ক্রূরং কর্ম্ম চিকীর্ষতঃ। দৃষ্ট্বা দুর্য্যোধনস্তূর্ণং স্বসৈন্যং সমচূচুদৎ ॥৩॥
যথাশক্তি যথোৎসাহং যথাসত্ত্বং নরাধিপাঃ।। বারয়ধ্বং যথাযোগং পাণ্ডবানামনীকিনীম্ ॥৪॥
ততো দুর্ম্মর্ষণো ভীমমভ্যাগচ্ছৎ সুতস্তব। আরাদ্দৃষ্ট্বা কিরন্ বাণৈরিচ্ছন্ দ্রোণস্য জীবিতম্ ॥৫॥
তং বাণৈরবতস্তার ক্রুদ্ধো মৃত্যুরিবাহবে। তঞ্চ ভীমোঽতুদদ্বাণৈস্তদাসীত্তুমুলং মহৎ ॥৬॥
ত ঈশ্বরসমাদিষ্টাঃ প্রাজ্ঞাঃ শূরাঃ প্রহারিণঃ। রাজ্যং মৃত্যুভয়ং ত্যক্ত্বা প্রত্যতিষ্ঠন্ পরান্ যুধি ॥৭॥
কৃতবর্ম্মা শিনেঃ পৌত্রং দ্রোণং প্রেপ্সুং বিশাংপতে।। পর্য্যবারয়দায়াস্তং শূরং সমরশোভিনম্ ॥৮॥

---

সঞ্জয়না হায় ঃ— মহারাজ! অমুক্ হঞ্জিল্লরুবা পাণ্ডবকী লান্মীশিংনা, চাউর চাউরবা নোংগী মতুম্‌শিংনা, নুমিৎপু কূপ্‌শিন্‌খিবহুগুম্না, তেল অমদি অতোপ্‌ অতোপ্পা খুৎলায়গী মপৈ মপৈনা, দ্রোণগী মশাপুম্বা পুম্নকূপ্‌ কুপ্‌শিন্‌খি,—মাতুমক্ য়েংবদা অকিব অমদি অঙকপগী মশক্তি ॥১॥ তোক্চিল্লকপা পাণ্ডবলান্মীগী থুয়াগী উফুল্ মপৈ মপৈনা কৌরবলান্মীপুম্বা কূপ্‌শিনখ্রে। মতম্‌অহুদা, দ্রোণ অসি মশক্ উখিদ্রবহুদা, লান্দা হাৎপ্রমাল্লে হায়দুনা খন্‌বু খল্লুরে ॥২॥ পাণ্ডব লান্মীশিং অহুনা য়াম্না তম্‌থিনা দ্রোণবু হাৎখিগদৌগুম্বা মতা অদু উবদা, দুর্য্যোধননা মহাকী লান্মীশিংবু থুনা য়াঙ্‌না কৌশিন্দুনা অম্বুম্না হায়খি-॥৩॥ অকন্‌বা লান্মী ময়াম্‌শা! হেক্‌লৈজবা শক্তি অমদি থৌনানা পাণ্ডবলান্মীশিংবু থিংঙ্‌-ভাক্‌থোক্‌উ-॥৪॥ মতম্ অসিদা ভীমনা দ্রোণবু হাৎলগে হায়বগী মতাগুম্ চঙ্‌শিল্লকপহুউবদা,মহারাজগী নচাঈবুঙো দুর্ম্মর্ষণনা দ্রোণগী থরাইতদি কন্‌গে হায়না খন্দুনা শাম্বু কয় কয়া তেল্ কাপশিল্লক্‌না ভীমতয়া চঙ্‌শিল্লকই ॥৫॥ অকিবগী মশক্ ওইরবা যমরাজগী মতৌগুম্বা দুর্ম্মর্ষণনা ভীমগী মশাপুম্বা তেল্না কূপ্‌শিন্‌খি। ভীমসু তেল্তনা দুর্ম্মর্ষণগী মশাপুম্বা কূপ্‌শিন্‌কন্দুনো চঙশিল্লকই। অহুদগীদি অকন্‌বা অনীসিগী মরক্তা লান্না ও অম থোক্‌খি ॥৬॥ কূমদা, খাবক, থোইনা হৈরবা শিংলবা, কুরুবংশগী অকন্‌বা অনীসিনা অমনা অমগী য়েঙ্গবা লান্মীশিংবু মথায় তন্দুনো চেন্‌হন্‌খি ॥৭॥ মহারাজ! অকন্‌বা অমদি লান্দা হৈরবা, লাল্‌কন্‌দুনী কৈয়েত্তী মশক্ ওইরবা

তং শৈনেয়ঃ শরাকীর্ণঃ ক্রুদ্ধঃ ক্রুদ্ধমবারয়ৎ। কৃতবর্ম্মা চ শৈনেয়ং মত্তো মত্তমিব দ্বিপম্ ॥৯॥
সৈন্ধবঃ ক্ষত্রবর্ম্মাণমায়ান্তং নিশিতৈঃ শরৈঃ। উগ্রধন্বা মহেষ্বাসং যত্তো দ্রোণাদবারয়ৎ ॥১০॥
ক্ষত্রবর্ম্মা সিন্ধুপতেশ্ছিত্বা কেতনকার্ম্মুকে। নারাচৈর্দশভিঃ ক্রুদ্ধঃ সর্বমর্ম্মস্বতাড়য়ৎ ॥১১॥
অথান্যদ্ধনুরাদায় সৈন্ধবঃ কৃতহস্তবৎ। বিব্যাধ ক্ষত্রবর্ম্মাণং রণে সর্বায়সৈঃ শরৈঃ ॥১২॥
যুযুৎসুং পাণ্ডবার্থায় যতমানং মহারথম্। সুবাহুর্ভ্রাতরং শূরং যত্তো দ্রোণাদবারয়ৎ ॥১৩॥
সুবাহোঃ সধনুর্বাণাবস্যতঃ পরিঘোপমৌ। যুযুৎসুঃ শিতপীতাভ্যাং ক্ষুরাভ্যামচ্ছিনদ্ভুজৌ ॥১৪॥
রাজানং পাণ্ডবশ্রেষ্ঠং ধর্ম্মাত্মানং যুধিষ্ঠিরম্। বেলেব সাগরং ক্ষুব্ধং মদ্ররাট্ সমবারয়ৎ ॥১৫॥
তং ধর্ম্মরাজো বহুভির্মর্ম্মভিদ্ভিরবাকিরৎ। মদ্রেশস্তং চতুঃষষ্ট্যা শরৈর্বিদ্ধ্বাহনদদ্ভৃশম্ ॥১৬॥
তস্য নানদতঃ কেতুমুচ্চকর্ত্ত চ কার্ম্মুকম্। ক্ষুরাভ্যাং পাণ্ডবো জ্যেষ্ঠস্তত উচ্চুক্রুশুর্জনাঃ ॥১৭॥
তথৈব রাজা বাহ্লীকো রাজানং দ্রুপদং শরৈঃ। আদ্রবন্তং সহানীকঃ সহানীকং ন্যবারয়ৎ ॥১৮॥
তদ্যুদ্ধমভবদ্ঘোরং বৃদ্ধয়োঃ সহসেনয়োঃ। যথা মহাযূথপয়োর্দ্বিপয়োঃ সংপ্রভিন্নয়োঃ ॥১৯॥

---

সাত্যকিনা দ্রোণ তম্না চেল্‌শিল্লক্‌পা মতম্‌সিদা, কৌরবপক্ষদগী কৃতবর্ম্মা চোংথোক্ক্‌ুনা মহাক্‌পু খিংখি ॥৮॥ মন্নার কারবা শাম্‌ অমনা অতোপ্পা মন্নার কারবা মচুমত্তারবা শাম্‌ অমবু থিংবা অহুণ্ডমা সাত্যকি কৃতবর্ম্মা অনীশ্নসি অমনা অমবু তেলগী মপেত্তনা কন্না থিংনখি ॥৯॥ অচৌব লীক্লং পায়রবা ক্ষত্রধর্ম্মনা দ্রোণ তম্না চেলশিল্লক্‌পা মতম্‌দা, অকিবগী মশক্‌ কংলবা জয়দ্রথনা খোয় খোয়রবা তেলগী মপেনা মহাক্‌পু লম্নখাওদা থিংহনা থম্‌খি ॥১০॥ শাউরবা ক্ষত্রধর্ম্মনা জয়দ্রথগী কিয়ালগা, লীক্লংগা মতম্‌ অমতদা কক্‌থৎখি। অহুদগী অমুক্‌, খোয়রবা য়েন্ত্‌ুম্‌ মচীন্‌শাবা তেল তরানা জয়দ্রথগী থজীন্দা থুম্না থাখি ॥১১॥ মখুৎ থুম্নবা-য়াঙ্‌লবা জয়দ্রথনা অতোপ্পা লীক্লং অম পায়খত্ত্‌ুনা তেল মপেমপেনা ক্ষত্রবর্ম্মদা থাখি ॥১২॥ অকন্‌বা মহারথী যুযুৎসুনা, পাণ্ডবশিংগী মঙ্গল ওইবত থন্দুনা, দ্রোণগী মায়কৈদা চেলশিল্লক্‌পা মতম্‌দা সুবাহুনা য়াম্না চেক্‌শিন্না মহাক্‌পু থিংহনা থম্‌খি ॥১৩॥ সুবাহুনা তেল মনম্‌-মনম্‌ কাপ্‌লিঙৈ মতম্‌থমক্তদা, যুযুৎসুনা খোয়রবা, ঈচুপ্‌খোক্‌পণ্ডবা ক্ষুরমচীনশাবা তেল অনী কাপ্‌শিল্লক্‌ুনা, লীক্লংতে লগা লোয়নবা, সুবাহুগী চাউরবা পাম্বোম্‌ অনীবু কক্‌থৎখি ॥১৪॥ পাণ্ডবশিংগী অখোইবা, ধর্ম্মাত্মা ওইরবা যুধিষ্ঠিরনা চেলশিল্লক্‌পা মতম্‌দা, সমুদ্রগী তোর্ব্বান্‌ চাংজোনা ঈথক্‌ময়াম্বু থিংবা অহুণ্ডমা শল্যনা যুধিষ্ঠিরবু থিংখি ॥১৫॥ যুধিষ্ঠিরনা খোয়খোয়রবা তেন্না শল্যগী থজীন্দা থারক্‌পা মতম্‌সিদা, শল্যনা খোইনা লাউখিহনা খোয়রবা তেল হুক্‌ুমরিনা যুধিষ্ঠিরদা থায়গা সিংহনাদ কয় লাউখি ॥১৬॥ শল্যনা সিংহনাদ লাউরিঙৈ চৈরক্‌ অসিদা, যুধিষ্ঠিরনা ক্ষুরগী-মতোওম্‌ খোয়বা তেল অনী কাপ্‌শিল্লক্‌ুনা শল্যগী লীক্লংগা কিয়ালগা অনীমু কক্‌থৎখি। মাহু উবদা অউথশিংনা খোক্লেল হৌনা লাউনখি ॥১৭॥ মতোওমা লোক্লরিঙৈদা দ্রুপদনিংথৌনা খাগী লাম্মী তেক্‌লোলগা লোয়রনা চেলশিল্লকপা মতম্‌দা, বাহ্লীকনু খাগী লাম্মীশিংগা লোয়রনা চেলশিল্লক্‌ুনা দ্রুপদবু থিংহনা থম্‌খি ॥১৮॥

বিন্দানুবিন্দাবাবন্ত্যৌ বিরাটং মৎস্যমার্চ্ছতাম্। সহসৈন্যৌ সহানীকং যথেন্দ্রাগ্নী পুরা বলিম্ ॥২০॥
তদুৎপিঞ্জলকং যুদ্ধমাসীদ্দেবাসুরোপমম্। মৎস্যানাং কেকয়ৈঃ সার্দ্ধমভীতাশ্বরথদ্বিপম্ ॥২১॥
নাকুলিস্তু শতানীকং ভূতকর্ম্মা স ভূপতিঃ। অস্যন্তমিষুজালানি যান্তং দ্রোণাদবারয়ৎ ॥২২॥
ততো নকুলদায়াদস্ত্রিভির্ভল্লৈঃ সুসংশিতৈঃ চক্রে বিবাহুশিরসং ভূতকর্ম্মাণমাহবে ॥২৩॥
সুতসোমস্তু বিক্রান্তমায়ান্তং তং শরৌঘিণম্। দ্রোণায়াভিমুখং বীরং শাল্বো বাণৈরবারয়ৎ ॥২৪॥
অথ ভীমরথঃ শাল্বমাশুগৈরায়সৈঃ শিতৈঃ। ষড়্‌ভিঃ সাশ্বনিয়ন্তারমনয়দ্‌যমসাদনম্ ॥২৫॥
শ্রুতকর্ম্মাণমায়ান্তং ময়ূরসদৃশৈর্হয়ৈঃ। চৈত্রসেনির্মহারাজ। তব পৌত্রমবারয়ৎ ॥২৬॥
তৌ পৌত্রৌ তব দুর্দ্ধর্ষৌ পরস্পরজয়ৈষিণৌ। পিতৄণামর্থসিদ্ধ্যর্থং চক্রতুর্যুদ্ধমুত্তমম্ ॥২৭॥
তিষ্ঠন্তমগ্রতো দৃষ্ট্বা প্রতিবিন্ধ্যং তমাহবে। দ্রৌণির্মানং পিতুঃ কুর্ব্বন্ মার্গণৈঃ সমবারয়ৎ ॥২৮॥
তং ক্রুদ্ধঃ প্রতিবিব্যাধ প্রতিবিন্ধ্যঃ শিতৈঃ শরৈঃ। সিংহলাঙ্গুললক্ষ্মাণং পিতুরর্থে ব্যবস্থিতম্ ॥২৯॥

---

মতম্‌অসিদ। মচুম্ তারবা কল্লব। শামু অনীনা থেংনরকপা, য়াথিমরকপচু গুম্না অকন্‌বা অহল্ ওইনরন। অনী অসি কম থেংনরকলে ॥১৯॥ মমা ঙৈদা ইন্দ্র-আগ্নিদেবতা অনীনা বলিবু নৈরকপচু গুম্না অবন্তি দেশ কল্লবা মচীন্নাও বিন্দ-অনুবিন্দ অনীনসু মখোয়গী লাম্মীশিংগা লোয়ননা চঙশিল্লকখুন মৎস্যরাজ বিরাটপু নৈবা হৌরক্লে ॥২০॥ মতম্ আসদা কৌরবপক্ষগী কেকয়দেশগী অকন্‌বলাম্মী শিংগা, পাণ্ডবপক্ষগী মৎস্যদেশগী অকনবা লাম্মীশিংগা লাইহৌংচাবশিংগী লান্‌থাওগী মতৌ গুম্না কম থেংনখি। পক্ষ অনীসিদা কিগনবা পাণ্ডবা শগোলশামু রথী অমত্তসু য়াওরমদে ॥২১॥ নকুলগী মচা শতানীক হায়বহুনা তেন্‌ মনম্-মনম্ কাপ্পা-কাপ্পা দ্রোণ তম্না কম চেনশিল্লকই। মতম্ অদুদা কাওরবা কল্লবা ভূতকর্ম্মা কৌবা নিংথৌনা শতানীকবু থিংহুনা থম্‌খি ॥২২॥ অদুগা নকুলগী, কল্লবা শতানীকনা তা-মচানশাবা। থৌরব, তেল অহুম্ কাপ্পুনা, ভূতকর্ম্মাগী পাম্বোম্ অনীগা মকোক ককপুনা থাদখি ॥২৩॥ কল্লবা, মথৌনা লৈরবা, ভীমসেনগীমচা সুতসোম্না তেন্না নোং চুবগুম্ কাপশিল কাপশিন্না দ্রোণতম্না চেলশিল্লকপদা শল্বনা তেন্তনা মহাকপু থিংখি ॥২৪॥ মতম্ অদুদা অকিবগী মশক্ ওইরবা রথমথক্ত তোংলিবা সুতসোমনা থৌরবা য়োৎকী তেল তরুক্ কাপ্পুনা শগোল সারথীগা লোয়ননা শল্ববু যমালয়দা থাখি ॥২৫॥ মহারাজ! অর্জ্জুনগীমচা শ্রুতকর্ম্মনা মাহোংমচু মানবা শগোলনচিংবা রথদা তোংহুনা চঙশিল্লকপা মতম্‌দা চিত্রসেনগী মচানা মহাকপু থিংখি ॥২৬॥ মহারাজ! কল্লবা নশুঙ্গবুঙো অনীসিনা, মাগী মাগী মপামপলশিংগী পক্কন। জয় ওইননবা হায়রগুনা, অমনা অমবু হাৎকে-ঙম্‌গে খন্দুনা কম থেংনরক্লে ॥২৭॥ মায়কৈ অমরোম্‌দা যুধিষ্ঠিরগীমচা প্রতিবিন্ধ্যনা চঙশিল্লকপা মতম্ অসিদা, অশ্বত্থামানা মপা দ্রোণগী সম্মান অমদি মঙালদু ছাকুকে হায়রবীরমক্ মহাকপু থিংখি ॥২৮॥ মতম্ অসিদা প্রতিবিন্ধ্যনা, মপা যুধিষ্ঠিরবু কনগে ছাকুকে হায়রবী দমক্ লোংশাগী মশৈরেকপা শিক্সাজনা লৈতেংবা রথদা তোংবা, শাউরবা অশ্বত্থামাবু শাবিনা-কপ্পখি ॥২৯॥

প্রবপন্নিব বীজানি বীজকালে কৃষীবলঃ। দ্রৌণায়নির্দ্রৌপদেয়ং শরবর্ষৈরবাকিরৎ ॥৩০॥
আর্জ্জুনিং শ্রুতকীর্ত্তিস্তু দ্রৌপদেয়ং মহারথম্। দ্রোণায়াভিমুখং যান্তং দৌঃশাসনিরবারয়ৎ ॥৩১॥
তস্য কৃষ্ণসমঃ কার্ষ্ণিস্ত্রিভির্ভল্লৈঃ সুসংশিতৈঃ। ধনুর্ধ্বজঞ্চ সূতঞ্চ ছিত্বা দ্রোণান্তিকং যযৌ ॥৩২॥
যস্তু শূরতমো রাজন্নুভয়োঃ সেনয়োর্মতঃ। তং পটচ্চরহন্তারং লক্ষ্মণঃ সমবারয়ৎ ॥৩৩॥
স লক্ষ্মণস্যেষ্বসনং ছিত্বা লক্ষ্ম চ ভারত!। লক্ষ্মণে শরজালানি বিসৃজন্ বহ্বশোভত ॥৩৪॥
বিকর্ণস্তু মহাপ্রাজ্ঞো যাজ্ঞসেনিং শিখণ্ডিনম্। পর্য্যাবারয়দায়ান্তং যুবানং সমরে যুবা ॥৩৫॥
ততস্তমিষুজালেন যাজ্ঞসেনিঃ সমাবৃণোৎ। বিধূয় তদ্বাণজালং বভৌ তব সুতো বলী ॥৩৬॥
অঙ্গদোঽভিমুখং বীরমুত্তমৌজসমাহবে। দ্রোণায়াভিমুখং যান্তং শরৌঘেণ ন্যবারয়ৎ ॥৩৭॥
স সম্প্রহারস্তুমুলস্তয়োঃ পুরুষসিংহয়োঃ। সৈনিকানাঞ্চ সর্ব্বেষাং তয়োশ্চ প্রীতিবর্দ্ধনঃ ॥৩৮॥
দুর্ম্মুখস্তু মহেষ্বাসো বীরং পুরুজিতং বলী। দ্রোণায়াভিমুখং যান্তং বৎসদন্তৈরবারয়ৎ ॥৩৯॥
স দুর্ম্মুখং ভ্রুবোর্ম্মধ্যে নারাচেনাভ্যতাড়য়ৎ। তস্য তদ্বিবভৌ বক্ত্রং সনালমিব পঙ্কজম্ ॥৪০॥

---

মতম্ অসিদা, লৌউবনা লৌবুক্কা মরূময়াম্ থুবাম-থুবাম্ লংথোক্ চাইথোরক্পগুম্ অশ্বথামানা তেলগী মপৈমপৈ কাপশিল্লকখ্রে না প্রতিবিন্ধ্যবু তেন্তুনা পুময়োম্ য়োমখ্রে ॥৩০॥ মায়কৈ অময়োম্দা, দ্রৌপদীগী মচা থোক্লবা, কল্লবা অভিমন্যুনা দ্রোণতয়া চগুশিল্লকপা মতম্দা, দুঃসাশনগী মচানা মহাক্পু থিংখি ॥৩১॥ অর্জ্জুন অমদি মাগী মাম কৃষ্ণমক্কা মান্নবা অভিমন্যুনা, থৌরবা তেল অহুমা দুঃশাসনগী মচাগী লীরুংতেল, কিয়াল অমদি সারথিবু ককৃথৎলম্দুনা দ্রোণগী নাক্ত চগুশিন্থি ॥৩২॥ মহারাজ! মতম্অসিদা, পক্ষ অনীমক্কা অকনবনি হায়না লৌনরিবা, হুয়ানচীঙ্খিবা ডাক্ুপুময়ক্পু নমহৎপা-হাৎপা ওয়া সমুদ্রনিংথৌবু থিংগে হায়বগী লক্ষ্মণ কৌবা অকন্বা মহাক্কা লাল্কম্দা চগুশিল্লক্ই ॥৩৩॥ ভরতনন্দন! সমুদ্ররাজ অসিনা লক্ষ্মণগী লীরুংগা কিয়ালগা ককৃথখ্রে না লক্ষ্মণ য়োমদা তেলগী মপৈ-মপৈবু অতৎঅথম্ লৈতনা কাপশিল্লকপগুমক্ য়েংবদা ওয়ঙ্খোক্ত নিংথিজে ॥৩৪॥ দ্রুপদ নিংথৌগী মচা পাখং ওইরিবা শিখণ্ডিনা চগুক্পা মতম্দা, শিংলবা কল্লবা-পাখং ওইরিবা বিকর্ণনা মহাক্পু থিংখি ॥৩৫॥ মতম্ অসিদা শিখণ্ডিনা, মশীং লাক্তমদ্রবা তেল্গী মপৈনা বিকর্ণবু পূম্কুপ কুপখি। মতম অদুদা নচাঈবুঙো অকন্বা বিকর্ণনা ওহাক্লৈরগা তেল মপৈ অদু লোইনা হাইদোক্হনখি ॥৩৬॥ অকনবা উত্তমৌজনা লাল্কম্ অদুদা দ্রোণগী মায়কৈদোমদা চগুশিল্লখি। মতম্ অসিদা নচাঈবুঙো অঙ্গদনমু তেলমপৈ মপৈ কাপশিল্ কাপশিন্না মহাক্পু থিংল্লনা থম্থি ॥৩৭॥ অকনবা নিপা মথী অনীসিগী লাল্লাও ঊবদা অউবলাম্মী পুম্বা পেন্নথি মথোাই অনীমক্পু থাগৎনখি ॥৩৮॥ অকনবা পুরুজিৎনা দ্রোণ তয় চগুশিল্লক্পা মতমদা, অকনবা লীরুং অচৌবা শাম্নবা নচাইবুঙো দুর্ম্মুখনা বৎসদন্তকৌবা তেলমপৈ মপৈ কাপশিল্লকখ্রে না মহাক্পু থিংল্লনা থম্থি ॥৩৯॥ ওহাক্টৈলয়গা পুরুজিৎনা স্রেংথকচীন শাব ...ম্ অমনা দুর্ম্মুখগী শীতম্

কর্ণস্তু কেকয়ান্ ভ্রাতৄন্ পঞ্চ লোহিতকধ্বজান্। দ্রোণায়াভিমুখং যাতান্ শরবর্ষৈরবারয়ৎ ॥৪১॥
তে চৈনং ভৃশসংক্রুদ্ধাঃ শরবর্ষৈরবাকিরন্। স চ তাংশ্ছাদয়ামাস শরজালৈঃ পুনঃ পুনঃ ॥৪২॥
নৈব কর্ণো ন তে পঞ্চ দদৃশুর্বাণসংবৃতাঃ। সাশ্বসূতধ্বজরথাঃ পরস্পরশরাচিতাঃ ॥৪৩॥
পুত্রাস্তে দুর্জয়শ্চৈব জয়শ্চ বিজয়শ্চ হ। নীলকাশ্যজয়ৎসেনাংস্ত্রয়স্ত্রীন্ প্রত্যবারয়ন্ ॥৪৪॥
তদ্যুদ্ধমভবদ্ঘোরমীক্ষিতৃপ্রীতিবর্দ্ধনম্। সিংহব্যাঘ্রতরক্ষূণাং যথার্ক্ষমহিষর্ষভৈঃ ॥৪৫॥
ক্ষেমধূর্ত্তিবৃহন্তৌ তু ভ্রাতরৌ সাত্বতং যুধি। দ্রোণায়াভিমুখং যান্তং শরৈস্তীক্ষ্ণৈস্ততক্ষতুঃ ॥৪৬॥
তয়োস্তস্য চ তদ্যুদ্ধমত্যদ্ভুতমিবাভবৎ। সিংহস্য দ্বিপমুখ্যাভ্যাং প্রভিন্নাভ্যাং যথা বনে ॥৪৭॥
বার্দ্ধক্ষেমিঞ্চ বার্ষ্ণেয়ং কৃপঃ শারদ্বতঃ শরৈঃ। অক্ষুদ্রঃ ক্ষুদ্রকৈর্বাণৈঃ ক্রুদ্ধরূপমবারয়ৎ ॥৪৮॥
যুধ্যন্তৌ কৃপবার্ষ্ণেয়ৌ যেহপশ্যংশ্চিত্রযোধিনৌ। তে যুদ্ধাসক্তমনসো নান্যাং বুবুধিরে ক্রিয়াম্ ॥৪৯॥
সৌমদত্তিস্তু রাজানং মণিমন্তমতন্দ্রিতম্। পর্য্যবারয়দায়ান্তং যশো দ্রোণস্য বর্দ্ধয়ন্ ॥৫০॥
স সৌমদত্তেস্ত্বরিতস্তেষ্বাসনকেতনে। পুনঃ পতাকাং সূতঞ্চ ছত্রঞ্চাপাতয়দ্রথাৎ ॥৫১॥

---

অনীগী কারক্তা থাখি। তেল অহুনা য়ুংহুনা লৈবহুদা দুর্ম্মুখগী মমায় অহু মখোক্রাংনা থিনগত্তুনা লৈবা ভাঙলৈনরবা থঙ্বালগী মতোওম নিংখিজখি ॥৪০॥ মথদা কিয়াল্ অঙাঙবা খেৎপা কেকয়দেশগী মচাম্নাও মঙানা দ্রোণগী মকম্‌দা চঙশিল্লকপদা কর্ণ মথক্তনা তেল মপৈ মপৈনা মখোয়বু থিংহুনা থম্‌খি ॥৪১॥ মাহুদগী মখোয় মঙামক্লা খোইদোক্লা শাউনা, কর্ণগী মথক্তা খুৎলায়ক্তনা নোংচুবগুম হৈখরকলে। অহুদগী কর্ণনসু মখোয়গী তেলমপৈ অহু কক্‌থৎ কক্‌থত্তুনা মখোয় মঙাবু তেলগী লাংনা কুপ্‌শিন্দুনা থম্‌খি ॥৪২॥ তেলগী লাংনা কুপ্‌শিন্‌খিব মতম্‌দা কনাগী শগোল সারথি রথ কিয়াল-করিমত মশক উখিদ্রে ॥৪৩॥ মায়কৈ অমরোমদা দুর্জয়, জয়, বিজয় কৌবা নচাঈবুঙো অহুম্ অসিনা মথংশিংনা নীল, কাশীরাজ, অমদি জয়সেনগা পানখি ॥৪৪॥ মখোয় অহুম্ অসিনা মপা মপা শোক্লবসি, ওক্-ইয়োই-শন্নাবা অহুমনা মথংশীংনা, নোংশা, কৈ অমদি কৈজেংলাংগা খেংনরকপ চিকনরকপসি মঙায়। য়েংবদা নুঙাইবা অকিবা ঈপোক্ হেক্ পোক্‌ই ॥৪৫॥ সাত্যকিনা দ্রোণ তয়া চেলশিল্লকপা মতমসিদা ক্ষেমধূর্ত্তি অহুগা বৃহন্ত কৌবা মচাম্নাও অনীসিনা পুল্লগা মঙোন্দা তেয়া কয়া কয়া থাখি ॥৪৬॥ মতম্ অহুদা, বনগী মনুংদা মচুম্‌তারবা শায় অনীগা নোংশা মথক্তগা খেংনরকপন্থুগুম্না ক্ষেমধূর্ত্তি-বৃহন্ত অনীসিগা নোংশাগুম্বা সাত্যকি মথক্তগা অতকপকংনা অকিবা তুম্নুংবা পোক্লা খেংনখি। শরদ্বান্‌গী মচা অকন্‌বা কৃপাগা অচম্বা অহুগা তেৈক্লে শীক্লবা মচীন্দি তুম্নবা তেল মথন্ মথন্না কৃষ্ণিবংশগী শাউরব, বার্দ্ধক্ষেমিবু থিংহুনা থম্‌খি ॥৪৮॥ লালশোক্ল মথল মথল হৈরবা কৃপাচার্য্যগা বার্দ্ধক্ষেমিগা অনীগী লাল্ অহুমক্ উবশিং অহু, লাল অহুবু পুক্নিং চঙ্‌না মমীৎকৃত্তনা য়েংমন্‌খিবনা অতৈ থবক্ অমদা পুক্নিং চঙ্‌বা ঙমদ্রে ॥৪৯॥ অমরোম্‌দা, লাম্দা খোইবা চেক্‌শিল্লবা চঙশিল্লকপা মণিমন্ত দুর্জয়নবা দ্রোণগী মিংচৎ চাওখৎহনগে হায়রিদনক্ মণিমন্তবু থিংহনা থম্‌খি ॥৫০॥ মণিমন্তনা

প্রথযামুক্তা রথাঙ্কর্ণং যূপকেতুরমিত্রহা । শাখামৃগবরধ্বজং তত্রকঞ্চ বধাদিনা ॥৫২॥
রথঞ্চ স্বং সমাস্থায় ধনুরাদায় চাপরম্ । স্বয়ং যজন্ হয়ান্ রাজন্ । বাধবৎ পাণ্ডবীং চমূম্ ॥৫৩॥
পাণ্ড্যবিদ্রবিধারাভমন্বরান্ প্রতি দুর্জ্জয়ন্ । সবর্ব: সাংকৌমেন বৃষসেনো ন্যবারয়ৎ ॥৫৪॥
গদাপরিঘনিস্ত্রিংশপট্টিশায়োঘনোপলৈঃ । কড়ঙ্গরৈর্ভুশুণ্ডীভিঃ প্রাসৈস্তোমরসায়কৈঃ ॥৫৫॥
মুষলৈর্মুদ্গরৈশ্চক্রৈর্ভিন্দিপালৈঃ পরশ্বধৈঃ । পাংশুবাতাগ্নিসলিলৈর্ভস্মলোষ্ট্রতৃণদ্রুমৈঃ ॥৫৬॥
আরুদন্ প্ররুজন্ ভঞ্জন্ নিঘ্নন্ বিদ্রাবয়ন্ ক্ষিপন্ । সেনাং বিভীষয়ন্নায়াদ্ দ্রোণং প্রেপ্সুর্ঘটোৎকচঃ ॥৫৭॥
( বিশেষকম্ )
তং তু নানাপ্রহরণৈর্নানাযুদ্ধবিশেষণৈঃ । রাক্ষসং রাক্ষসঃ ক্রুদ্ধঃ সমাজঘ্নে হ্যলম্বুষঃ ॥৫৮॥
তয়োস্তদভবদ্ যুদ্ধং রক্ষোগ্রামণিমুখ্যয়োঃ । তাদৃগ্ যাদৃক্ পুরা বৃত্তং শম্বরামররাজয়োঃ ॥৫৯॥
এবং দ্বন্দ্বশতান্যাসন্ রথবারণবাজিনাম্ । পদাতীনাঞ্চ ভদ্রং তে তব তৈষাঞ্চ সঙ্কুলে ॥৬০॥
নৈতাদৃশো দৃষ্টপূর্ব্বঃ সংগ্রামো নৈব চ শ্রুতঃ দ্রোণস্যাভাবভাবে তু প্রসক্তানাং যথাভবৎ ॥৬১॥

---

থুনায়াঙনা, ভূ রিশ্রবাগী লীরুং কিয়াল, কিয়ালমচা, ছত্র (পে) সারথি-পুয়মক্ অসি অমুক্তদা কক্তুনা রথ মথক্তগী লৈমায়থক্তা তাহনখি ॥৫১॥ মতুং অসিদা য়েক্লবা ওম্বা, কিয়াল্দা যক্তগী মুখী য়েকপা ভূরিশ্রবানা মতাকী রথদগী চোংথক্লনা, শাংলবা থৌরবা থাঙ্ শাং অম পায়রুনা চেল্ শিল্লক্তুনা শগোল সারথি কিয়ালগা লোয়ননা মণিমান্গী মকক্ কক্খি ॥৫২॥ মহারাজ। অদুদগী ভূরিশ্রবানা মাগী রথদা তোংখক্তুনা অতোপ্পা লীরুং অম পায়খক্তুনা, মশামক্লা শগোল থৌথৌরুনা চণ্ডশিল্লক্তুনা পাণ্ডব লাশ্মী-শিংবু তুম্না হাৎপা হৌরক্লে ॥৫৩॥ অময়োম্দা, ইন্দ্রনা দৈত্যদানবশিংগী মায়কৈদ চণ্ডশিল্লকপগুম্, অমনা পাক ওম্কব্রবা পাণ্ড্যনিংথৌনা দ্রোণ তম্না চণ্ডশিল্লকপা মতমসিদা থোইনা কল্লবা বৃষসেননা তেল মপৈ মপৈ কাপ্ শিল্লক্তুনা মহাকপু থিংলুনা থমখি ॥৫৪॥ অতোপ্প মায়কৈ অমদা, য়োংগুক্, দুংগুক্ গদা নুংতুম, থাঙঅতেন্বা, থাঙঅশাংবা, তেলমথলমথল্, য়োংকৌগদা, চক্র, শীঙজং, নোংমুংশিং পোকহনবা মায়াগী খুৎলায়, মৈ থোকহনবা খুৎলায় ঈশিং পোকহনবা, উফুলমপৈমপৈ, মৈথুমপৈমপৈ হৌহনবা, খুৎলায় লৈতুম, নাপীনীওবি মপৈমপৈ চাইশিলহন্বা খুৎলায়, অহুগা চাউরা-চাউরবা উপাহীনচিংবা মথল অসি লংশিন থাজিল্লক্তুনা, কৌরবলাশ্মী মপৈবু অরাবা অকিবা মিপাইবা শীনশীনা, নৈখাইরক্তুন খুৎলায় মথল দ্রোণবু মহাৎলগে হায়না থন্দুনা ঘটোৎকচ হায়বা অকন্বা অসি কৌরবলাশ্মী মপৈতয় ফুজিল্লক্লি ॥৫৫—৫৭॥ মহু উবদা শাউরবা অলম্বুষ হায়বা অহুম্ মথলমথা অয়াম্বা খুৎলায় পুথোক্তুনা ঘটোৎকচদা থাজিন্বা হৌরক্লি ॥৫৮॥ মমাংঙৈদা ইন্দ্রগা শম্বরাসুরগা লেংনখিবমুগুম্না, হিংচাবা অথোইবা ঘটোৎকচ অলম্বুষ অনী অসিসু খেংনরক্লি ॥৫৯॥ মহারাজ। অকন্বশিংনা তিন্নবা লালকঁৎঅসিদা কৌরব-পাণ্ডবপক্ষ অনীমক্কী শগোল শাগু কবংথোক্তী শিংশিংজিশিংনা মগামগা ওন্শিন্নচনা হূকথেংননা লোক্লরক্লে। মহারাজগী মচল [illegible] "মহারাজ" [illegible] দ্রোণাচার্য্যবু হাৎকদবনী হোৎনাকপা পাণ্ডবপক্কী লাশ্মী-

ইদং ঘোরমিদং চিত্রমিদং রৌদ্রমিতি প্রভো। । তত্র যুদ্ধান্যদৃশ্যন্ত প্রতভানি বহূনি চ ॥৬২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি

সংশপ্তকবধে দ্বন্দ্বযুদ্ধে ত্রয়োবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

শিংগা, অসোমদা দ্রোণবু কনগদবগী হোৎনরকপা কৌরবলাম্নীশিংগা থেংনখিবা অসিগুম্বা লাল্ অমত, ঐখোয় মমাঙৈদা খক উবা নৈখিত্রি' তাম্ন তাখিত্রি ॥৬১॥ মহারাজ। "লাম্নবু অস্থুক কন্‌বা।" —"অস্থুক অকিবগী মশক ওইবা!" "অস্থুক অঙকপা পোকপা।"—অস্থুম ভাওনদুনা অউবশিংনা নিংদোল পীংপীং চোংনা লাল অহু য়েংনখি ॥৬২॥

মকম্ অসিদা, শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনালেংবা সংহিতাদা, দ্রোণপর্ব্বদা, সংশপ্তকবধগী মনুংদা "দ্বন্দ্বযুদ্ধ"গী অধ্যায় কুনহুমদোইগুবা লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## চতুর্বিংশোঽধ্যায়ঃ

কুনমরিগুবা অধ্যায়

( ভগদত্তগী লাল্ )

—:( * ):—

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

তেষেবং সন্নিবৃত্তেষু প্রত্যুদ্‌যাতেষু ভাগশঃ। কথং যুধিষ্ঠিরে পার্থা মমাকাশ্চ তরস্বিনঃ ॥১॥

কিমর্জ্জুনশ্চাপ্যকরোৎ সংশপ্তকবলং প্রতি। সংশপ্তকা বা পার্থস্য কিমকুর্ব্বত সঞ্জয়। ॥২॥

সঞ্জয় উবাচ।

তথা তেষু নিবৃত্তেষু প্রত্যুদ্‌যাতেষু ভাগশঃ। স্বয়মভ্যদ্রবত্তীমং নাগানীকেন তে সুতঃ ॥৩॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায় ঃ—সঞ্জয়। পাণ্ডবশিং অমদি পাণ্ডবলাম্নীশিংনা অযুক হল্লিঙ্গরকবদা কৌরব লাম্নীশিংনস্থ মপৈ মপৈ হোঙ্গিনরকবসিদা, মপাঙ্গল কল্লবা পাণ্ডবশিংনা অমুগা ঐখোয়গী কৌরব লাম্নীশিংনা মতৌ করম্না অযুক্ শোরুখি ?॥১॥ অর্জ্জুননা সংশপ্তক লাম্নীশিংগা করি করি তৌখিবা ? অমগা সংশপ্তক লাম্নীশিংনস্থ অর্জ্জুনদা করি করি তৌখিবা ? ॥২॥ সঞ্জয়না হায় ঃ—মহারাজ...

স নাগ ইব নাগেন গোবৃষেণেব গোবৃষঃ । সমাহূতঃ স্বয়ং রাজ্ঞা নাগানীকমুপাদ্রবৎ ॥৪॥
স যুদ্ধকুশলঃ পার্থো বাহুবীর্য্যেণ চান্বিতঃ । অভিনৎ কুঞ্জরানীকমচিরেণৈব মারিষ ॥৫॥
তে গজা গিরিসঙ্কাশাঃ ক্ষরন্তঃ সর্ব্বতো মদম্ । ভীমসেনস্য নারাচৈর্বিমুখা বিমদীকৃতাঃ ॥৬॥
বিধমেদভ্রজালানি যথা বায়ুঃ সমুদ্ধতঃ । ব্যধমত্তান্যনীকানি তথৈব পবনাত্মজঃ ॥৭॥
স তেষু বিসৃজন্ বাণান্ ভীমো নাগেষ্বশোভত । ভুবনেষ্বিব সর্বেষু গভস্তীনুদিতো রবিঃ ॥৮॥
তে ভীমবাণাভিহতাঃ সংস্যূতা বিবভুর্গজাঃ । গভস্তিভিরিবার্কস্য ব্যোম্নি নানা বলাহকাঃ ॥৯॥
তথা গজানাং কদনং কুর্বাণমনিলাত্মজম্ । ক্রুদ্ধো দুর্য্যোধনোঽভ্যেত্য প্রত্যবিধ্যচ্ছিতৈঃ শরৈঃ ॥১০॥
ততঃ ক্ষণেন ক্ষিতিপং ক্ষতজপ্রতিমেক্ষণঃ । ক্ষয়ং নিনীষুর্নিশিতৈর্ভীমো বিব্যাধ পত্রিভিঃ ॥১১॥
স শরাচিতসর্বাঙ্গঃ ক্রুদ্ধো বিব্যাধ পাণ্ডবম্ । নারাচৈরর্করশ্ম্যাভৈর্ভীমসেনং স্ময়ন্নিব ॥১২॥

---

পাণ্ডবশিংনা মতৌ অস্থুম্না অমুক্ হাঞ্জিল্লকপবদা অদুগা কৌরব লান্মীশিংনস্থ অমুক্ চঙশিল্লকপবদা, মহারাজগী নচাঈবুঙো দুর্যোধননা শামুলান্মী মপৈ অমগা লোযননা ভীমসেন তম্না চঙশিল্লবই॥৩॥ ময়াই কারবা শামু অমনা অতোপ্প শামু অমদা, অদুগ শঙ্গাও অমনা শঙ্গাও অমদা লুরাক্লনা হোঁচিল্লকপগুম্ অমাদি শীঙনরবপগুম্,দুর্য্যোধননা চঙশিল্লকপদু উবদা কল্লবা ভীমসেনস্থ শামু লান্মী মপৈ অদু তম্না ফুজিল্লকই ॥৪॥ ঈকায় খুম্নবগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ। লান্দা হৈরবা, অতৈদগী মাত্রা হেন্না মপাঙ্গোম্ পাঙ্গল লৈরবা ভীমনা য়াম্না থুনা য়াঙনা, শামু লান্মী মপৈ অদুবু পুম্চাই চাইথোকহন্খি ॥৫॥ চীঙ-চীঙমুক্ চাউরবা শামুশিং অদু, শাকু কম্ন কাপ্‌লক্লবা, ভীমগী য়েন্ড্রুম্ মচীন্‌শাবা তেলশিং অদুগী চৈনানা মমায় লৈতনা, চেন্নরক্লে, মযাইকাবা-ভাওবা তোকখ্রে ॥৬॥ চাউরবা নুংশিংকী ইপোম অমনা নোং মতুম্ মতুম্‌শিবু পাইথোকহন্খিবদুগুম্না ভীমসেননা শামুশিং অদুবু মাগী মাগী অতোংবা লান্মীশিংগা লোয়নননা মায়কৈ মার কাংনা কায়নহন্খি ॥৭॥ নোংপোক-নোংমদোন্ মকোয়দা, পোরকপা নুমিৎনা, মাগী মশেক্ মভান্না জগৎপুম্বা ভাল্হন্দুনা নীঙথিজবগুম্ ভীমসেনস্থ শামু ময়াম্ অদুবু তান্ন তান্না কাপ্‌শিল্লক্লনা, লালকম্ ময়ায় অদুদা থোইনা নীঙথিজখি ॥৮॥ শামুশিং অদুস্থ নুমিৎ মশেক্না ফুরবা, নোং মতুম্‌শিংনা তৌবগুম্, ভীমগী তেন্না ঈহৎনাইহৎশানা চেন্নবদু থোইনা নীঙথিজে ॥৯॥ ভীমনা মতৌ অস্থুম্না শামুশিং অদুবু নৈরকপা অমদি অরাবা শীরকপদু উবদা, দুর্য্যোধননা থোইদোক্লা শাউখিদুনা, ভীম তম্না চঙশিল্লক্লনা থোর থোরবা তেন্না ভীমদা থাক্লে ॥১০॥

অদুদগী ভীমসেননা অশাউবনা মমীত্ত ঈ কাহুনা, মীকুপ অমগী মতুংদা দুর্য্যোধন অসি লোইথোক্লগে হায়না খন্দুনা, অতৎ অথম্ লৈতনা শাকু কন্না কন্না মথল মথা অরাবা তেন্না দুর্য্যোধনদা থাবা হৌরক্লে ॥১১॥ ভীমগী তেন্না, মশাপুম্বা ঈহৎনাইহৎশানা পুম্নকুপ কুপপ্রবথদা থোইদোক্লা শাউখিদুনা, শাউনা শাউনা মোমোন্ নোক্লনা নুমিৎকী মভাল্গুম্ লাংলবা, থোর

তস্য নাগং মণিময়ং রত্নচিত্রধ্বজে স্থিতম্। ভল্লাভ্যাং কার্ম্মুকঞ্চৈব ক্ষিপ্রং চিচ্ছেদ পাণ্ডবঃ ॥১৩॥
দুর্য্যোধনং পীড্যমানং দৃষ্ট্বা ভীমেন মারিষ। চুক্ষোভয়িষুরভ্যাগাদঙ্গো মাতঙ্গমাস্থিতঃ ॥১৪॥
তমাপতন্তং নাগেন্দ্রমম্বুদপ্রতিমস্বনম্। কুম্ভান্তরে ভীমসেনো নারাচেনার্দ্দয়দ্ভৃশম্ ॥১৫॥
তস্য কায়ং বিনির্ভিদ্য মমজ্জ ধরণীতলে। ততঃ পপাত দ্বিরদো বজ্রাহত ইবাচলঃ ॥১৬॥
তস্যাবর্জ্জিতনাগস্য ম্লেচ্ছস্যাধঃ পতিষ্যতঃ। শিরশ্চিচ্ছেদ ভল্লেন ক্ষিপ্রকারী বৃকোদরঃ ॥১৭॥
তস্মিন্ নিপতিতে বীরে সংপ্রাদ্রবত সা চমূঃ। সংভ্রান্তাশ্বদ্বিপরথা পদাতীন্ প্রমৃদ্নতী ॥১৮॥
তেষ্বনীকেষু ভগ্নেষু প্রদ্রবৎসু সমন্ততঃ। প্রাগ্‌জ্যোতিষস্ততো ভীমং কুঞ্জরেণ সমাদ্রবৎ ॥১৯॥
যেন নাগেন মঘবানজয়দ্দৈত্যদানবান্। তদন্বয়েন নাগেন ভীমসেনমুপাদ্রবৎ ॥২০॥
স নাগপ্রবরো ভীমং সহসা সমুপাদ্রবৎ। শ্রবণাভ্যামথো বাভ্যাং সংযতেন করেণ চ।
ব্যাবৃত্তনয়নঃ ক্রুদ্ধঃ প্রমথ্নন্নিব পাণ্ডবম্ ॥২১॥

---

থৌরবা তেম্না ভীমদা থাজিল্লকৃই ॥১২॥ মতম অদুদা, তামচীন্‌শাবা তেল অবীনা, ভীমসেনা, দুর্য্যোধনগী মণিমুক্তানা থাম্নবা কীয়াম্বক্তা য়েক্লিবা, মণিতনা শাব-নপ্‌লিবা শামু অদুগা লীরুং অদুগা অমুক্তদা ককৃথৎখি ॥১৩॥ ঈকায়খুম্নবগী মশক্ ওইরবা, নিংথৌ। ভীমসেননা মক্তৌ অসুম্না দুর্য্যোধনবু নৈরকৃপসি উবদা খাণ্ডবা শুমদদুনা অঙ্গ কৌবা অকন্‌বা অদুনা, চাউরবা শামু অমগী মথক্তা তোংদুনা, ভীমবু আক্রমণ তৌগে হায়না চেন্‌শিল্লকৃই ॥১৪॥ শামু অসিনা নোংথোংবগুম্, খোংল খোংলদুনা ভীম তম্না চেন্‌শিল্লক্লবদা, ভীমসেননা য়েত্তুম্ মচীন্ শাবা, থৌরবা তেল অমনা, শামু অদুগী মরায়বক্ চফু শাবদুমক্তদা কম্না থাখি ॥১৫॥ তেল অদুনা শামু অদুগী মশাদগী কাওদৎখিদুনা লৈন্নুংদা থুম্না চণ্ডখি। মতম অদুদা, বজ্রনা থায়থরবা চীঙহুম্ অমগী মতৌগুম্না শামু অদু লৈমায়থক্তা তুখি ॥১৬॥ শামু অদুনা হেক্ তুথরকপদা, ম্লেচ্ছ জাতিগী অঙ্গ হায়বা অকনবা অদুগুম্ তুথরক্লবা শামু অদুদগী কল হেক্ চোংদৈ। তাঞ্জা অদুমক্তদা তামচীন্‌শাবা থৌরবা তেল অম কাপ্‌শিল্লক্লুনা, ভীমনা অঙ্গগী মণক্ অদু ককৃখি ॥১৭॥ অকন্‌বা অদুনা তুথ্রবদা, মাগী লান্মী খোঙলোয় পুম্বা কায়দুনা চেন্নরে। মতম্ অসিদা, ভীমনা শগোল শামু খোঙমী লান্মীশিং অদুবু তান্না তান্না হাৎখি ॥১৮॥ শামু লাম্মী পুম্নমক্তা কায়দুনা চেন্নরক্লবা মতম্‌সিদা, ভগদত্ত অসি মাগী রাংচাউরবা শামু অদুগী মথক্তা, ভীম তম্না চুজিল্লকৃই ॥১৯॥ ইন্দ্রনা অদুগুম্ব, শামুগী মথক্তা তোংদুনা দৈত্যদানব পুম্ববু জয় তৌখিবা, অদুগুম্বা শামু অদুমকী বংশদা পোকৃখিবা সুপ্রতীক হায়বা শামু অদুগী মথক্তা তোংদুনা ভগদত্ত অসি ভীম তম্না চণ্ডশিল্লকৃই ॥২০॥

রাংচাউরবা শামু অসি, শাউবনা মমীত্ত ঈ কাদুনা, প্যাক্লবা মনাক্তোং অনী অদু পুপ্‌চিন্দুনা অদুগা শাংলবা মনাতোল অদু কোনখত্তুনা পাণ্ডুগী মচা ভীমসেনবু-নৈথাইদগে হায়বগী মতা-

ততঃ সর্বস্য সৈন্যস্য নাদঃ সমভবন্মহান্। অহো ধিগ্ নিহতো ভীমঃ কুঞ্জরেণেতি মারিষ। ॥২২॥
তেন নাগেন সংত্রস্তা পাণ্ডবানামনীকিনী। সহসাভ্যদ্রবদ্রাজন্। যত্র তস্থৌ বৃকোদরঃ ॥২৩॥
ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা হতং মত্বা বৃকোদরম্। ভগদত্তং সপাঞ্চাল্যঃ সর্ব্বতঃ সমবারয়ৎ ॥২৪॥
তং রথং রথিনাং শ্রেষ্ঠাঃ পরিবার্য্য পরন্তপাঃ। অবাকিরন্ শরৈস্তীক্ষ্ণৈঃ শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥২৫॥
স বিঘাতং পৃষৎকানামঙ্কুশেন সমাচরন্। গজেন পাণ্ডুপাঞ্চালান্ ব্যধমৎ পর্ব্বতেশ্বরঃ ॥২৬॥
তদদ্ভুতমপশ্যাম ভগদত্তস্য সংযুগে। তথা বৃদ্ধস্য চরিতং কুঞ্জরেণ বিশাংপতে। ॥২৭॥
ততো রাজা দশার্ণানাং প্রাগ্‌জ্যোতিষমুপাদ্রবৎ। তির্য্যগ্‌যাতেন নাগেন সমদেনাশুগামিনা ॥২৮॥
তয়োর্যুদ্ধং সমভবন্নাগয়োর্ভীমরূপয়োঃ। সপক্ষয়োঃ পর্বতয়োর্যথা সদ্রুময়োঃ পুরা ॥২৯॥
প্রাগ্‌জ্যোতিষপতের্নাগঃ সন্নিবৃত্যাপসৃত্য চ। পার্শ্বে দশার্ণাধিপতেভিত্বা নাগমপাতয়ৎ ॥৩০॥
তোমরৈঃ সূর্য্যরশ্ম্যাভৈর্ভগদত্তোঽথ সপ্তভিঃ জঘান দ্বিরদস্থং তং শত্রুং প্রচলিতাসনম্ ॥৩১॥
ব্যবচ্ছিদ্য তু রাজানং ভগদত্তং যুধিষ্ঠিরঃ। রথানীকেন মহতা সর্ব্বতঃ পর্য্যবারয়ৎ ॥৩২॥

---

শুম্‌, প্রপ্রপ্‌ চেন্‌শিল্লকই ॥২১॥ ঈকাই থুম্নবগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ। শামুগী মতৌ অদু উবদা "ঙসিগী নুমিত্তা ভগদত্তগী শামু অসিনা ভীমবু হাৎখ্রেদনা।" অমুম্‌ হায়না পাণ্ডবশিংনা লাউনরকপহন্দা তেঙ্গোল মপৈ অদু পুম্নিন্ নিনখি ॥২২॥ মহারাজ! শামু অদুবু উবদা কিমন্‌খিদুনা পাণ্ডব লাশ্মীশিংনা ভীমলোমদা চেন্‌শিন্নরকই ॥২৩॥ অসিগীতুংদা "ভীম শিবা তারে" অমুম্না চপ্‌য়ুংনা খন্‌খিদুনা, নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা পাঞ্চাল লাশ্মীশিংগা লোয়ননা, মায়কৈ মরিমক্তগী হোচিল্লক্‌না ভগদত্তবু থিংবা হৌখি ॥২৪॥ অদুদগীদি য়েরুবা ঙম্বা, অকন্‌বা রথী খিবিক্সা ভীমবু কোয়শিন্দুনা ঙাক্‌শেন্দুনা থন্নগা ভগদত্ত তন্না তেল্ মনম্ মনম্ কাপশিল্লকই ॥২৫॥ মতম্ অসিদা চীঙ্‌ লৈবাক্কী নিংথৌ ভগদত্তনা শামু অদুবু শামুকাটী থাদুনা অদুগা পাণ্ডবলাশ্মীশিংগী তেল ময়াম্ অদুবু ঙাকথোক্কনা, শামু অদুনা খুৎলায় ওইদুনা পাণ্ডবলাশ্মী অমদি পাঞ্চালশিংবু নৈখাইবা হৌরকলে ॥২৬॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা অহল্ ওইরবা, ভগদত্তগী শামুথৌবগী হৈশিংবা অমদি শামুগী অঙকপা বিত্তা অদু ঐখোয় খ্‌াইনা উনখি ॥২৭॥ মতম্ অসিদা দশার্ণদেশগী নিংথৌনা, মখোঙ য়াঙলবা, মচুম্ তারবা শামু অমদা তোংখত্তুনা ভগদত্ত তন্না চেন্‌শিল্লকই ॥২৮॥ মমাংঙৈদা, মশা পানবা উপাল্ রাপায় থন্না হৌরবা চীঙজাও অনীনা থেংজিন্-থেংজিন্নরক্‌পগুম্ অক্সিবগী অশক কংলবা অনী অসি মাখিন্নরক্‌লে ॥২৯॥ অদুদগী ভগদত্তগী সুপ্রতীক কৌবা শামু অদুনা তুংলোমদা থর হন্দোক্লগা, হোচিল্লক্‌না, দশার্ণ নিংথৌগী শামু অদুগী নাকথংদা মাগী শাংলবা মরা অদুনা থিন্দুনা, লৈমায়থক্তা তুহন্‌খি ॥৩০॥ মতম্ অসিদা দশার্ণদেশগী নিংথৌ অমি, শামু মথক্তগী অমরকই তাক্লাক্লমক্তদা ভগদত্তনা সুমিৎকী মশেক্‌ম্ কংলবা থৌরবা তোমর কোয়া খুৎলায় যবেথনা, দশার্ণনিংথৌগী থবক্‌ লৌখি ॥৩১॥ অদুগী তুংদা যুধিষ্ঠিরনা ভগদত্ত মাগী মাথুংদগী তোঙাক-লাপথা তান্নরগা, পাঞ্চাউবদা রথি তেঙ্গোল অমদা থন্না কোয়শিন্-

স কুঞ্জরস্থো রথিভিঃ শুশুভে সর্ব্বতো বৃতঃ। পর্ব্বতে বনমধ্যস্থো জ্বলন্নিব হুতাশনঃ ॥৩৩॥
মণ্ডলং সর্ব্বতঃ শ্লিষ্টং রথিনামুগ্রধন্বিনাম্। কিরতাং শরবর্ষাণি স নাগঃ পর্য্যবর্ত্তত ॥৩৪॥
ততঃ প্রাগ্জ্যোতিষো রাজা পরিগৃহ্য মহাগজম্। প্রেষয়ামাস সহসা যুযুধানরথং প্রতি ॥৩৫॥
শিনেঃ পৌত্রস্য তু রথং পরিগৃহ্য মহাদ্বিপঃ। অভিচিক্ষেপ বেগেন যুযুধানস্ত্বপাক্রমৎ ॥৩৬॥
বৃহতঃ সৈন্ধবানশ্বান্ সমুত্থাপ্যাথ সারথিঃ। তস্থৌ সাত্যকিমাসাদ্য সংপ্লুতস্তং রথং প্রতি ॥৩৭॥
স তু লব্ধ্বান্তরং নাগস্ত্বরিতো রথমণ্ডলাৎ। নিশ্চক্রাম ততঃ সর্ব্বান্ পরিচিক্ষেপ পার্থিবান্ ॥৩৮॥
তে ত্বাশুগামিনা তেন ত্রাস্যমানা নরর্ষভাঃ। তমেকং দ্বিরদং সংখ্যে মেনিরে শতশো দ্বিপান্ ॥৩৯॥
তে গজস্থেন কাল্যন্তে ভগদত্তেন পার্থিবাঃ। ঐরাবতস্থেন যথা দেবরাজেন দানবাঃ ॥৪০॥
তেষাং প্রদ্রবতাং ভীমঃ পাঞ্চালানামিতস্ততঃ। গজবাজিকৃতঃ শব্দঃ সুমহান্ সমজায়ত ॥৪১॥
ভগদত্তেন সমরে কাল্যমানেষু পাণ্ডুষু। প্রাগ্জ্যোতিষমভিক্রুদ্ধঃ পুনর্ভীমঃ সমভ্যয়াৎ ॥৪২॥
তস্যাভিদ্রবতো বাহান্ হস্তমুক্তেন বারিণা। সিক্ত্বা ব্যত্রাসয়ন্নাগস্তে পার্থমহরংস্ততঃ ॥৪৩॥
ততস্তমভ্যয়াত্তূর্ণং রুচিপর্ব্বাকৃতীসুতঃ। সমুক্ষন্ শরবর্ষেণ রথস্থোঽন্তকসন্নিভঃ ॥৪৪॥

---

হন্খি ॥৩২॥ মতম্ অদুদা ভগদত্ত অসি, লাম্মী মপৈ অহুনা মায়কৈ মরিদা কোযশিনখিবহুদা শোঙলবা বনগী মপুংদা চাকপা মৈশুম্, থোইনা নীঙশিজখি ॥৩৩॥ মতম্ অসিদা ভগদত্তগী চাউরবা শামু অসি, তেম্না নোংচুবগুম্ কাপশিন্নকৃলিবা অকনবা লাম্মী রথীশিং অদুগী মরক্তা কোযনা কোয়না চেনবা হৌরকলে ॥৩৪॥ ওহাক্ নৈরগা ভগদত্তনা মাগী শামু অদু সাত্যকিগী রথগী মায়কৈ তম্না থৌজিন্নকই ॥৩৫॥ শামু অহুনা চেল্শিন্নকুনা সাত্যকিগী রথ অদুবু মনাতোন্না কোত্তুনা লাপ্না লংথোক্ই। মতম্ অদুদা খুংনৈ থুরবা সাত্যকিনা রথ অদুদগী মাকল অমদা থুনা রাকনা চোংথোক্হৌই ॥৩৬॥ মতম্ অদুদা, সাত্যকিগী সারথি অদুনা সিন্ধুদেশগী রাংচাউরবা শগোল্শিং অদু অমুক্ পান্শিন্দুনা রথ অদু পুশন্নকনা সাত্যকিগী নাক্ত চপ্ লেপ্লে। তাঞ্জা-দুমক্তদা সাত্যকিনা রথ অদুদা অমুক্ কল্ হেক্ চোংখৎলি ॥৩৭॥ অদুম্ তৌরিঙৈদুমক্তদা, তাঞ্জা অদু ফংদুনা, শিংলবা শামু অদুনা রথীশিং অদুদগী চেক্তোক্খিদুনা, মনাতোন্ন কোৎল-কোৎলদুনা নিংথৌ অকনবশিং অদুবু লাকলাক্তুনা লংওক্ই ॥৩৮॥ নিংথৌ লাম্মীশিং অদুনা কিমন্খিদ্রুনা, মথোয়গী মমীত্তা শামু অমতদুবু শামু চাম চাম লিশিং লিশিং থোক্ন উখি ॥৩৯॥ মতুং অদুদা, ঐরাবত মথক্তা তোংখা ইন্দ্রনা দৈত্যদানব কয়া কয়াবু হাৎপদুগুম্না মাগী শামু মথক্তা তোংলবা ভগদত্তনা নিংথৌশিং অদুবু নৈথাইরকলে ॥৪০॥ পাঞ্চাল লাম্মীশিংনা কাত্তুকারল কোয়চেল্ চেয়রকখা মতম্ অদুদা মথোয়গী শগোল শামুশিং অদুম্ নিংদোল চেন্দুম্ চেল্গানদুনা, ইথক্ থক্ খোংদুনা চেয়রকলে ॥৪১॥ মতৌ অসুমা, ভগদত্তনা পাণ্ডবলাম্মী রায়া হাত্তিরকখা মতম্-লিদা, থোইদোক্না শাউরবা ভীমসেননা ভগদত্তদা চেল্শিন্নরকই ॥৪২॥ ভীমসেননা চৎশিন্নকুল-রকপুদিদা ভগদত্তগী শামু অদুনা, মনাতোন্ থেকদুনা, কাযুখোয়রকপা ঈশিং 'লেযে মরিদুশিং'

ততঃ স রুচিপর্ব্বাণং শরেণানতপর্ব্বণা। সুপর্ব্বা পর্ব্বতপতির্নিন্যে বৈবস্বতক্ষয়ম্ ॥৪৫॥
তস্মিন্ নিপতিতে বীরে সৌভদ্রো দ্রৌপদীসুতাঃ। চেকিতানো ধৃষ্টকেতুর্যুযুৎসুশ্চার্দ্দয়ন্ দ্বিপম্ ॥৪৬॥
ত এনং শরধারাভির্ধারাভিরিব তোয়দাঃ। সিষিচুর্ভৈরবান্ নাদান্ বিনদন্তো জিঘাংসবঃ ॥৪৭॥
ততঃ পার্ষ্ণ্যঙ্কুশাঙ্গুষ্ঠৈঃ কৃতিনা চোদিতো দ্বিপঃ। প্রসারিতকরঃ প্রায়াৎ স্তব্ধকর্ণেক্ষণো দ্রুতম্ ॥৪৮॥
সোঽধিষ্ঠায় পদা বাহান্ যুযুৎসোঃ সূতমারুজৎ। যুযুৎসুস্তু রথাদ্রাজন্! অপাক্রামত্বরান্বিতঃ ॥৪৯॥
ততঃ পাণ্ডবযোধাস্তে নাগরাজং শরৈর্দ্রুতম্। সিষিচুর্ভৈরবান্ নাদান্ বিনদন্তো জিঘাংসবঃ।
পুত্রস্তু তব সংভ্রান্তঃ সৌভদ্রস্যাপ্লুতো রথম্ ॥৫০॥
স কুঞ্জরস্থো বিসৃজন্নিষূনরিষু পার্থিবঃ। বভৌ রশ্মীনিবাদিত্যো ভুবনেষু সমুৎসৃজন্ ॥৫১॥
তমার্জ্জুনির্দ্বাদশভির্যুযুৎসুর্দশভিঃ শরৈঃ। ত্রিভিস্ত্রিভির্দ্রৌপদেয়া ধৃষ্টকেতুশ্চ বিব্যধুঃ ॥৫২॥
সোঽতিযত্নার্পিতৈর্বাণৈরাচিতো দ্বিরদো বভৌ। সংস্যূত ইব সূর্য্যস্য রশ্মিভির্জলদো মহান্ ॥৫৩॥

অদুনা ভীমগী রথগী শগোলশিং অদুবু মমীৎ মনা ঈথক্ থকৎহন্নম্মি। মতম্ অদুদা শগোলশিং অদুনা রথ মথক্ত তোংলব। ভীমবু লালকম্গী নাকল অমরোম্দা, পুথোক্‌খ ॥৪৪॥ মতম্ অসিদা মশক্ মঙৌ কজরব, ভগদত্তনা থোরবা তেলগী মপেনা রুচিপর্ব্ব কৌবা অকন্‌ববু মথরাই লৌথি ॥৪৫॥ অকন্‌বা রুচপর্ব্বানা লাল্‌কম্‌দা তুথবসিদা, অভিমন্যু, দ্রৌপদীগী মচা মঙা, চেকিতান্, ধৃষ্টকেতু অমদি যুযুৎসু মথোয় অসিনা পুন্নগা শামু অদুদা চঙাশন্নুনা নৈবা হৌরক্লে ॥৪৬॥ নোংমদোম্বক্তগী নোংগী ধারানা তত্তনা চুথরক্পগুম্, মথোয় অসিনা ভগদত্তগী শামু অদুতবু হাৎলগে হায়না থন্নুনা, শামু অদুদা অতৎ অথম্ লৈতনা তেলগী মপে মপে কাপশিন্নক্লে ॥৪৭॥ অদুদগীদি, লান্দা থোইনা হৈশিংলবা, ভগদত্তনা শামু অদুবু কাটীনা, মখুনীঙ্‌না, অদুগা খোঙ্‌বী খিন্‌থিন্নুনা থৌজিন্নক্পা মতম্‌দা, শামু অসি মনাতোল মমৈ থেকত্তুনা, মমীৎমনা চপ্ সুংখত্তুনা, অকনবশিং অসি তম্না কুজিন্নক্লে ॥৪৮॥ মহারাজ! শামু অসিনা চেল্‌শিন্নক্তুনা মথোঙনা যুযুৎসুগী রথগী শগোল মথক্ অদুদা চোংখৎলক্তুনা, সারথিগী য়াঙলেন শন্না অদু কক্‌কায়হনা লংথোক্‌খি। যুযুৎসুদি রথদগী থুনা য়াঙনা চোংথোক্‌হৌহনা হিংহৌই ॥৪৯॥ মাহুগীতুংদা পাণ্ডবলান্মীশিং অদুনা শামুসিবু হাৎলগে হায়না থন্নুনা, ভংল ভংল লাউয় লাউমহনা, মাগী মাগী লৌরুংদগী শামু অদুগী মথক্তা, তেল মনম্ মনম্ কাপশিন্নক্লে। অদুদগী নচা ঈবুঙো যুযুৎসু অসি তৌকম্ থঙ্‌দনা, মনাক্ত লৈবা অভিমন্যুগী রথদা কল্‌হেক্ চোংখৎখি ॥৫০॥

ভগদত্তনু শামু মথক্তগী পাণ্ডবলান্মীশিংগী মথক্তা অতৎ অথম্ লৈতনা কাপশিন্নক্‌না, অসংগূবকা নঙাল্ পীওবা, নোংমদোম্বক্তা তান্‌বা সুনিৎকুম্ নীঙথিজখি ॥৫১॥ মতম্ অসিদা অভিমন্যুনা তেল্‌তরানিথোই, যুযুৎসুনা তরা, দ্রৌপদীগী মচাশিং অদুগা ধৃষ্টকেতু মথোয় অসিগী অমুম্মা তেল্ অহুম্ অহুম্ শামু অদুগী মপাক্তা থাখি ॥৫২॥ মতম্ অদুনা, থাদৈক মরিদগী

নিয়ন্তঃ শিরবস্তাভ্যাং প্রেরিতোঽরিশরার্দ্দিতঃ।
পরিচিক্ষেপ তান্ নাগঃ স রিপূন্ সব্যদক্ষিণান্ ॥৫৪॥
গোপাল ইব দণ্ডেন যথা পশুগণান্ বনে।
সংকালয়তি তাং সেনাং ভগদত্তস্তথা মুহুঃ ॥৫৫॥
ক্ষিপ্রং শ্যেনাভিপন্নানাং বায়সানামিব স্বনঃ।
বভুব পাণ্ডবেয়ানাং ভৃশং বিদ্রবতাং স্বনঃ ॥৫৬॥
স নাগরাজঃ প্রবরাঙ্কুশাহতঃ পুরা সপক্ষোঽদ্রিবরো যথা নৃপ।।
ভয়ং তদা রিপুষু সমাদধদ্ভৃশং বণিগ্জনানাং ক্ষুভিতো যথার্ণবঃ ॥৫৭॥
ততো ধ্বনির্দ্বিরদরথাশ্বপার্থিবৈর্ভয়াদ্দ্রবদ্ভির্জনিতোঽতিভৈরবঃ।
ক্ষিতিং বিয়দ্দ্যাং বিদিশো দিশস্তথা সমাবৃণোৎ পার্থিব। সংযুগে ততঃ ॥৫৮॥
স তেন নাগপ্রবরেণ পার্থিবো ভৃশং জগাহে দ্বিষতামনীকিনীম্।
পুরা সুগুপ্তাং বিবুধৈরিবাহবে বিরোচনো দেববরূথিনীমিব ॥৫৯॥
ভৃশং ববৌ জ্বলনসখো বিয়দ্রজঃ সমাবৃণোন্মুহুরপি চৈব সৈনিকান্।

---

কাপশিল্লক্পা তেল্ ময়াম্ অহুনা মশা পুম্‌য়োম্ য়োম্‌থ্রবা, রাংচাউরবা শামু অসি, লংলবা মুমিৎকী মশেক্লা য়ৈরবা চাউরবা নোংগী মতুম্ অমগুম্ থোইনা নীঙ্‌থিজখি ॥৫৩॥ মতুংদা য়েরুবশিংগী তেন্না শাথিনা পাল্লবা শামুগী নিংথৌ অসি হৈশিংলবা অথোবা অহুনা থৌজিল্ থৌজিল্লক্কনা, য়েৎলোম্ ওয়রোম্‌দা হাই হাইদুনা, চোংশিল্ চোংশিন্দুনা পাণ্ডবলাম্মীশিংবু হাচ্চিল্লক্লে ॥৫৪॥ য়াউ-হামেং শাশল্ শেন্‌বনা শাগী সঙ্গু অহুবু চৈতুপ্না তান্ন তান্ন হোইরক্পা অহুগুম্না, ভগদত্তনা পাণ্ডবলাম্মীশিংবু তান্ন-তান্ন হাৎলক্লে ॥৫৫॥ খুনুথ্রঙ্না পাইশিল্ কুজিল্লকপদা, কাকশিংনা মিপাইখিদুনা অরাক্ অখংননা খোংখোংদুনা পাইথোক্লখিবগুম্না, পাণ্ডব লাম্মী পুম্নমক চেম্থোক্লরক্লে ॥৫৬॥ মহারাজ! মমাংদা মশাপানবা চীঙশিংনা পাই পাইদুনা, মীথোন্দা অকিবা পীখিবা, অহুগা ঈশক্ কম্না হোরকপা ঈপাক্লা, লম্লোনবা-হিহোন্‌বগী থম্মোয়দা অকিবা মিপাইবগী ইথক হৌহন্‌বা অহুগুম্না, শামুকাটী তোয়না থারবা, রাংচাউরবা শামু অহুনা পাণ্ডব লাম্মীশিংগী থম্মোয়দা অরাবা অকিবা পোক্হন্‌খি ॥৫৭॥ মহারাজ! মাহুগী মুমিৎকী লান্দা শগোল শামু রথী খোঙমী লিশিং লিশিংনা কিবনা লাউখোংগুনা চেম্থক্লবদা, মখোয়না লাউনরকপগী খোঙ্গেল অহুনা থক্‌থা, মায়কৈ সনাই পুম্না পুম্থন্ থন্‌খি ॥৫৮॥ মমাংদা লাম্থাওনা বিরোচন কৌবা দৈত্যনা লাইরাম্ লাম্মীশিংবু নৈথাইরক্পাগুম্না ভগদত্তনা মাগী শামু অহুনা খুংলায়, ওইদুনা পাণ্ডবলাম্মীশিংবু নৈথাইনা হোৎনরে ॥৫৯॥ মতম্ অহুবা [illegible]

তমেকনাগং গণশো যথা গজান্ সমন্ততো দ্রুতমথ মেনিরে জনাঃ ॥৬০॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
সংশপ্তকবধে ভগদত্তযুদ্ধে চতুর্বিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

নোংমুংশিং শীংলকই। লৈমায়থক্কী উযুম্না নোংমদোন লৈমায়থক্অমদি লাম্মী পুম্বা পুমকুপ্‌কুপ্‌থ্রে। লাম্মীশিংন্না শামু অমতম্বু শামু লিশিং লিশিং খোন্না উখি ॥৬০॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা সংশপ্তকবধগী মমুংদা ভগদত্তযুদ্ধগী কুন্‌মরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥ ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## পঞ্চবিংশোঽধ্যায়ঃ।

( সংশপ্তক লাম্মী মপৈ হাৎপগী মতাং )

কুন্‌মঙাশুবা অধ্যায়ঃ।

—ঃ(০)ঃ—

সঞ্জয় উবাচ।

যন্মাং পার্থস্য সংগ্রামে কর্ম্মাণি পরিপৃচ্ছসি। তচ্ছৃণুষ মহাবাহো! পার্থো যদকরোদ্রণে ॥১॥
রজো দৃষ্ট্বা সমুদ্ভূতং শ্রুত্বা চ গজনিস্বনম্। ভগদত্তে বিকুর্ব্বাণে কৌন্তেয়ঃ কৃষ্ণমব্রবীৎ ॥২॥
যথা প্রাগ্‌জ্যোতিষো রাজা গজেন মধুসূদন! ত্বরমাণোঽভিনিক্রান্তো ধ্রুবং তস্যৈষ নিস্বনঃ ॥৩॥
ইন্দ্রাদনবরঃ সংখ্যে গজযানবিশারদঃ। প্রথমো গজযোধানাং পৃথিব্যামিতি মে মতিঃ ॥৪॥

---

সঞ্জয়না হায় ঃ—অকনবা নিংথৌ! লালফমদা অর্জ্জুননা তৌখিবা থবক্কী মরমদা মহারাজনা হংবিখিবত্র ঐ মথং মথং লৌক্করক্কে মুন্না তাবিয়ু ॥১॥ মাগী শামুগা লোয়নননা ভগদত্তনা লালকম্‌দা মথল্ মথা অন্নাব উপদ্রব ময়াম আস তৌরক্লবদা অদুগা, লালফম্ লৈমায়থক্কী উদুল্ মপৈ মপৈ নোংমদোনখেৎনা হাইগৎলক্লবদা অদুগা রাংচাউরবা শামু অদুনা খোংবগী খোঞ্জেলমু হয়া তাবরবদা অর্জ্জুননা সারথি কৃষ্ণদা অসুম্না হায়রকই ॥২॥ কৃষ্ণ! ভগদত্তনা মহাক্কী চাউরবা শামু অদুদা তোয়ন্না লালকম্‌দা খোয়রমাক্লে। মমা খোংবগী খোঞ্জেল তারই ॥৩॥ কৃষ্ণ! ভগদত্ত হায়বসে লাম্ববি ইন্দ্রগত্তগীমু খোইনা হল্লবা নত্তে। মতম্ অসিদা

স চাপি দ্বিরদশ্রেষ্ঠঃ সদাঽপ্রতিগজো যুধি। সর্ব্বশস্ত্রাতিগঃ সংখ্যে কৃতকর্মা জিতক্লমঃ ॥৫॥
সহঃ শস্ত্রনিপাতানামগ্নিস্পর্শস্য চানঘ। স পাণ্ডববলং সর্ব্বমদ্যৈকো নাশয়িষ্যতি ॥৬॥
ন চাবাভ্যামৃতেঽন্যোঽস্তি শক্তস্তং প্রতিবাধিতুম্। ত্বরমাণস্ততো যাহি যতঃ প্রাগ্‌জ্যোতিষাধিপঃ ॥৭॥
দৃপ্তং সংখ্যে দ্বিপবলাদ্বয়সা চাপি বিস্মিতম্। অদ্যৈনং প্রেষয়িষ্যামি বলহন্তঃ প্রিয়াতিথিম্ ॥৮॥
বচনাদথ কৃষ্ণস্য প্রযযৌ সব্যসাচিনঃ। দীর্য্যতে ভগদত্তেন যত্র পাণ্ডববাহিনী ॥৯॥
তং প্রযান্তং ততঃ পশ্চাদাহ্বয়ন্তো মহারথাঃ। সংশপ্তকাঃ সমারোহন্ সহস্রাণি চতুর্দ্দশ ॥১০॥
দশৈব তু সহস্রাণি ত্রিগর্ত্তানাং মহারথাঃ। চত্বারি চ সহস্রাণি বাসুদেবস্য চানুগাঃ ॥১১॥
দীর্য্যমাণাং চমূং দৃষ্ট্বা ভগদত্তেন মারিষ। আহূয়মানস্য চ তৈরভবদ্‌হৃদয়ং দ্বিধা ॥১২॥
কিন্নু শ্রেয়স্করং কর্ম্ম ভবেদদ্যেতি চিন্তয়ে। ইহ বা বিনিবর্ত্তেয়ং গচ্ছেয়ং বা যুধিষ্ঠিরম্ ॥১৩॥

---

শামু অসি হৌরকপা শোক্রবা হৈবা গজারোহীশিং পুন্নমক্কগী মহাক্না অথোইবনি। শামুগী লান্দা হৈবশিংবশিংগী মনুংদা মহাক্কনা খ্বাইদগী হাম্না শীওানফমান হাথনা ঐনা খল্লি ॥৪॥ অদুগা মাগী সুপ্রতীক হায়বা শামু অসিগী লাম্বা ওইদিনবা শামু অমত, হৌজিক জগৎ অসিদা লৈতে। গজরাজ অসে লালফম্‌দদি খুৎলায় অমত্তনা চঙবা য়াদব, লান্দা জগত ওইগনবা বজ্রফাওবগী চৈনা খাওঙবা শামু অমনি ॥৫॥ পাপ য়াওদ্রবা, কৃষ্ণ! শামু অসি খুৎলায় পুম্বনু খাওহৈবা, মৈনা চুবফাওবদা নাচুংদবা শা অমা অমনি। শামু সিনা মথন্তনা ওসি পাণ্ডবলান্মীশিংবু তুম্না নৈশাইরবা তারে ॥৬॥ অদুনা কৃষ্ণ! ঐখোয় অনী নত্তনা ভগদত্তগা কনা অমত্তগা লাম্বা ওইহুনা শোক্রবা ওম্মরোক্ত অদুনা কৃষ্ণ! ভগদত্তনা লৈরিবা মফম্ অসিতাম্না রথ অসি থৌজিল্লু ॥৭॥ "ওসি, ঐ, লাল্ হৈরবনি হায়না নাপল তৌরিবা, অহল্ ওইরবা, কল্লবা ভগদত্ত অসিবু, ইন্দ্রলোক থোহনখিত্তনা ইন্দ্রগীনাক্তা অতিথি ওইহন্‌খিগে, নোংগাচনগ্রগে" ॥৮॥ মহারথী অর্জ্জুনগী রা অসি তাবদা, সারথি কৃষ্ণনা, ভগদত্তনা লৈরিবা মায়কৈ অদোমদা রথ অদু থুনা য়াঙনা থৌজিন্‌খি ॥৯॥ মতৌ অসুম্না অর্জ্জুননা চঙশিল্লকপসি উবদা সংশপ্তক লান্মী লিশিং তরামথিনা অর্জ্জুনবু ভুংলোম্‌দগী তাম্নক্কনা, অর্জ্জুনদা শীঙনা শীঙননা লাউমক্কনা, মাগী মাগী রথদা তোংখত্তনা অর্জ্জুনগী অকোয়বদা লেপ্লে ॥১০॥ ত্রিগর্ত্তদেশগী মহারথী লিশিং তরাগা নারায়ণসৈন্য লান্মী লিশিং মরিগা লান্মী লিশিং তরামথি অসি মাগী মাগী রথদা তোংখত্তনা অর্জ্জুনবু থৎলয়ে ॥১১॥ ঈকাই খুম্নবগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ! মতম্ অসিদা, ভগদত্তনা মাকল্ অমদা পাণ্ডব লান্মীশিংবু নৈরকপা অদুগা অমরোম্‌দা সংশপ্তকলান্মী লিশিং তরামথি অসিনা আক্রমণ তৌশিল্লকপসি উবদা, চিংনবা হৈত্তবা অর্জ্জুনগী থম্মোয়দা শত্তহোদনা চিংনবা পোক্‌খি ॥১২॥ "ওসি ঐখোয়গী পক্কদা করিগুম্বা অমঙ্গল ওইবা থবক- অমতং থোক্লগনি"—অসুম্ হায়না চিন্তা তৌরগা—"ঐবু সংশপ্তকলোমদা চঙশিন্দুনে। পোক্‌খিসিবা মঙ্গলা হুন্দোক্নুখিন্না য়াম্লু

তস্য বুদ্ধ্যা বিচার্য্যৈবমর্জ্জুনস্য কুরূদ্বহ ! । অভবদ্ভূয়সী বুদ্ধিঃ সংশপ্তকবধে স্থিরা ॥১৪॥
স সন্নিবৃত্তঃ সহসা কপিপ্রবরকেতনঃ । একো রথসহস্রাণি নিহন্তুং বাসবী রণে ॥১৫॥
সা হি দুর্য্যোধনস্যাসীন্মতিঃ কর্ণস্য চোভয়োঃ । অর্জ্জুনস্য বধোপায়ে যা বৈ দ্বৈধমকল্পয়ৎ ॥১৬॥
স তু দোলায়মানোঽভূদ্দ্বৈধীভাবেন পাণ্ডবঃ । বধেন তু রথাগ্র্যাণামকরোত্তাং মৃষা তদা ॥১৭॥
ততঃ শতসহস্রাণি শরাণাং নতপর্ব্বণাম্ । অসৃজন্নর্জ্জুনে রাজন্ ! সংশপ্তকমহারথাঃ ॥১৮॥
নৈব কুন্তীসুতঃ পার্থো নৈব কৃষ্ণো জনার্দ্দনঃ । ন হয়া ন রথো রাজন্ ! দৃশ্যন্তে স্ম শরৈশ্চিতাঃ ॥১৯॥
যদা মোহমনুপ্রাপ্তঃ সস্বেদশ্চ জনার্দ্দনঃ । ততস্তান্ প্রায়শঃ পার্থো ব্রহ্মাস্ত্রেণ নিজঘ্নিবান্ ॥২০॥
শতশঃ পাণয়শ্ছিন্নাঃ সেষুজ্যাতলকার্ম্মুকাঃ । কেতবো বাজিনঃ সূতা রথিনশ্চাপতন্ ক্ষিতৌ ॥২১॥
দ্রুমাচলাগ্রাম্বুধরৈঃ সমকায়াঃ সুকল্পিতাঃ । হতারোহাঃ ক্ষিতৌ পেতুর্দ্বিপাঃ পার্থশরাহতাঃ ॥২২॥
বিপ্রবিদ্ধকুথাবন্ধাশ্ছিন্নভাণ্ডাঃ পলায়বঃ । সারোহাস্তুরগাঃ পেতুর্মথিতাঃ পার্থমার্গণৈঃ ॥২৩॥
সর্ষ্টি প্রাসাসিনখরাঃ সমুদ্গরপরশ্বধাঃ । নিচ্ছিন্না বাহবঃ পেতুর্নৃণাং ভল্লৈঃ কিরীটিনা ॥২৪॥

---

যুধিষ্ঠিরগী নাক্ত হনখ্রসির।"—অসুম্না অর্জ্জুনন। বিচার তৌরকলে ॥১৩॥ মহারাজ ! অর্জ্জুনন। মতৌ অসুম্না তারতম্য তৌদুনা য়েংবদা সংশপ্তক তেঙ্গোলগা থে নবনা চুম্মাল্লে হায়না মপূক্নীংদা লেপ্‌খ্রে ॥১৪॥ অসিগী তুংদা অর্জ্জুনন। লাম্মী লিশিং লিশিং অদুবু হাংৎলগে হায়না খন্দুনা তেঙ্গোল্ অদোমদা মায় ওন শল্লকই ॥১৫॥ অর্জ্জুনবু হাংৎনবা উপায় অসি দুর্য্যোধনগা কর্ণগা অনীনা মথং মথং থিবক্পা মতমদা অর্জ্জুনগী থম্মোয়দা "কদায় তৌসিগে" হায়বা চিংনবসি পোক্লনবা শীন্‌বা অসিদা মশোয়গী অপোইনা রারেপ অমা ওইনা তাখি ॥১৬॥ মরম্ অসিমক্তনসু অহান্‌বদা অর্জ্জুনগী থম্মোযদা চিংনবসি পোক্‌খিবনি। অদুবু, সংশপ্তক হাংৎপদা লেপ্লখিবসিদা, দুর্য্যোধন কর্ণ অনীগী মন্ত্রণাদো মহৈ যান্‌খিদ্রে ॥১৭॥ মহারাজ ! অসিগী তুংদা সংশপ্তক লাম্মী ময়ামগা অর্জ্জুনগা কন্না থেংনবা হৌখি। লাম্মী লিশিং লিশিং অসিনা অর্জ্জুনদা অতৎ অথম্ লৈতনা কাপশিন্‌বা হৌখি ॥১৮॥ মখোয়গী তেল ময়াম্ অদুনা কুপখিবদা অর্জ্জুনসু, কৃষ্ণসু, শগোল রথনচিংবসু অমত মশক্ উথিদ্রে ॥১৯॥ মতম্ অদুদা কৃষ্ণসু তৌকম্ খঙ্‌দহুনা ঈশুম্ শুম্‌হৎখ্রে। মতম্ অদুদা অর্জ্জুননা, ব্রহ্মাস্ত্রনা, সংশপ্তকশিং অদুবু লোইনা হাৎখি ॥২০॥

লীক্লং, তেল, কিয়াল লালফুম্বিং, খুখাঙ, শগোল, সারথিগা লোয়ননা রথী মহারথী চাম চাম লিশিং লিশিংনা শিংগুপ্‌শানা শানা লৈমায়থক্তা তারকলে ॥২১॥ অতোংবা মী পুম্বা কক্‌থ্রনদা কজনা লৈতেংলবা য়াংচাউরবা শামুশিংনা, উক্লাও অমদি চীঙদোনবক্তা পাইবা নোংগী মতৌগুম্না অর্জ্জুনগী তেন্না পান্‌বদা লৈমায়থক্তা তুথ-তাম্‌থনরকলি ॥২২॥ অর্জ্জুনগী তেন্না পান্‌বদা মনজন্দা ভুন্না কিয়োল-লৈতেং পুম্বগা লোয়ননা শিদবা অমদি নৈহৎলবা শগোল মপৈ মপৈনা, মখোয়গী অদ্রোক্তবা লাম্মী রথীশিংগা লোয়ননা লালুকম্ লৈমায়থক্তা লোম-লোম হাইথরকলি ॥২৩॥ খাত

বালাদিত্যাম্বুজেন্দূনাং তুল্যরূপাণি মারিষ ।  সংছিন্নান্যর্জ্জুনশরৈঃ শিরাংস্যুর্ব্বীং প্রপেদিরে ॥২৫॥
জজ্বালালঙ্কৃতা সেনা পত্রিভিঃ প্রাণিভোজনৈঃ ।  নানারূপৈস্তদাঽমিত্রান্ ক্রুদ্ধে নিঘ্নতি ফাল্গুনে ॥২৬॥
ক্ষোভয়ন্তং তদা সেনাং দ্বিরদং নলিনীমিব ।  ধনঞ্জয়ং ভূতগণাঃ সাধু সাধ্বিত্যপূজয়ন্ ॥২৭॥
দৃষ্ট্বা তৎ কর্ম্ম পার্থস্য বাসবস্যেব মাধবঃ ।  বিস্ময়ং পরমং গত্বা প্রাঞ্জলিস্তমুবাচ হ ॥২৮॥
কর্ম্মৈতৎ পার্থ । শক্রেণ যমেন ধনদেন চ ।  দুষ্করং সমরে যস্তে কৃতমদ্যেতি মে মতিঃ ॥২৯॥
যুগপচ্চৈব সংগ্রামে শতশোঽথ সহস্রশঃ ।  পতিতা এব মে দৃষ্টাঃ সংশপ্তকমহারথাঃ ॥৩০॥
ততঃ সংশপ্তকান্ হত্বা ভূয়িষ্ঠং যে ব্যবস্থিতাঃ ।  ভগদত্তায় যাহীতি কৃষ্ণং পার্থোঽভ্যচোদয়ৎ ॥৩১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
সংশপ্তকবধে সংশপ্তকবিনাশে পঞ্চবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

তা-শীঙজং য়োচ্ছুক্, গদা, নুঙশুক, চৈতুপকা লোয়নন্না, খোঙমী কয়া কয়াগী অককপা পাম্বোম্না লাল্কম্ লৈমায়থক্কা তারক্লি ॥২৪॥ ঈকায় খুম্নবগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ! থোরক্পদা মুমিৎকুম্, থাগী মতৌগুম অমদি থম্বালগী মতৌগুম্ ফজবা মামথোং পুরিবা কোক্-ভক্ কয়া কয়ান', অর্জ্জুনগী তেম্না পানবদা, হক্চাংদগী তোঙান্না পেল্লক্নুনা লালকম্ লৈমায়থক্কা তারি ॥২৫॥ জীবকয়াগী মাঙ্ননবগী মশক্ ওইরবা, মৈগী মতৌগুম্নবা অর্জ্জুনগী তেম্না য়েক্লবশিংদা থারক্পা মতম্সিদা, লৈতেংগা লোয়নরবা লাম্মী কয়া কয়ানা মৈ চৌহুনা উৎ ওইনা চাক্লক্লি ॥২৬॥ ময়াইকারবা শামুন, থম্বাম্না থল্লবা পুখ্রীদু নৈথাযবহুগুম, অর্জ্জুননা সংশপ্তক লাম্মী মপৈবু নৈথায়রক্পা মতম্ অসিদা, অউবশিংনা অর্জ্জুনদু মখোল পোক্না থাগৎনখি ॥২৭॥ মুমিৎ অহুগী লান্দা, অর্জ্জুননা ইন্দ্রমক্কা মান্না তৌথোরক্পা থবক্ অদু উবদা কৃষ্ণনা অঙকপা মুঙাইবগা লোয়নন্না তরাম্ তন্নামা অর্জ্জুনদা অস্মু হাযরকই ॥২৮॥ "অকনৃব! অর্জ্জুন! মরূপ নহাক্না ঙসি তৌরিবা থবক্সে, ইন্দ্র-যম-কুবের-বরুণ মক্তদসু লুনা থোকদবা থবকনি; অস্মম্ হায়না ঐনা খল্লি ॥২৯॥ সংশপ্তক লাম্মীশিংসিনা চাম চাম লিশিং লিশিংনা খুজীং ওইহুনা লালকম্ লৈমায়থক্কা তুরক্লিবসে ঐ ময়েক্ লানা উরে ॥৩০॥ লালগীদমক্ শেমশাহুনা কল্লা শোরুরিবা সংশপ্তক লাম্মীশিং অহুগী তংথাইহেম্না হাচ্ছিল্লরুবা তুংদা "হৌজিকৃতি ভগদত্তগী মায়কৈদা রথ] অসি-থৌজিল্লু" হায়না অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা হায়খি ॥৩১॥

মকম্ অসিদা, শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংব সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা সংশপ্তকবধগী মফুংদা সংশপ্তকবিনাশগী কুম্মঙাগুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ষড়্বিংশোঽধ্যায়ঃ

### কুনতরুকশুবা অধ্যায়

( ভগদত্তগী লাল্ )

—:(*):—

সঞ্জয় উবাচ।

যিয়াসতস্ততঃ কৃষ্ণঃ পার্থস্যাশ্বান্ মহাজবান্। সংপ্রৈষীদ্ধেমসংছন্নান্ দ্রোণানীকায় পাণ্ডরান্ ॥১॥
তং প্রয়ান্তং কুরুশ্রেষ্ঠং স্বাংস্ত্রাতুং দ্রোণতাপিতান্। সুশর্ম্মা ভ্রাতৃভিঃ সার্দ্ধং যুদ্ধার্থী পৃষ্ঠতোঽন্বযাৎ ॥২॥
ততঃ শ্বেতহয়ঃ কৃষ্ণমব্রবীদজিতঞ্জয়ঃ। এষ মাং ভ্রাতৃভিঃ সার্দ্ধং সুশর্ম্মাহ্বয়তেঽচ্যুত ! ॥৩॥
দীর্য্যতে চোত্তরেণৈতৎ সৈন্যং নঃ শত্রুসূদন।। দ্বৈধীভূতং মনো মেঽদ্য কৃতং সংশপ্তকৈরিদম্ ॥৪॥
কিং নু সংশপ্তকান্ হন্মি স্বান্ রক্ষাম্যহিতার্দ্দিতান্। ইতি মে ত্বং মতং বেৎথ তত্র কিং সুকৃতং ভবেৎ ॥৫॥
এবমুক্তস্তু দাশার্হঃ স্যন্দনং প্রত্যবর্ত্তয়ৎ। যেন ত্রিগর্ত্তাধিপতিঃ পাণ্ডবং সমুপাহ্বয়ৎ ॥৬॥
ততোঽর্জ্জুনঃ সুশর্ম্মাণং বিদ্ধ্বা সপ্তভিরাশুগৈঃ। ধ্বজং ধনুশ্চাস্য তথা ক্ষুরাভ্যাং সমকৃন্তত ॥৭॥
ত্রিগর্ত্তাধিপতেশ্চাপি ভ্রাতরং ষড়্ভিরাশুগৈঃ। সাশ্বং সসূতং ত্বরিতঃ পার্থঃ প্রৈষীদ্যমক্ষয়ম্ ॥৮॥

সঞ্জয়না হায় ঃ—অর্জ্জুননা ভগদত্তবামদা চত্তশন্‌বা পাম্বাস উবদা সারথি কৃষ্ণনা, থোক্টদোক্না য়াঙ্‌লবা, সনালুপানা লৈতেলনা, ভৌরোক্ ভৌরবা শগোল মরি অদু ভগদত্তনা লৈরিবা মায়গৈদোম্‌দা থৌজিল্লকই ॥১॥ কৌরব অথোক্টবা অর্জ্জুননা, দ্রোণনা অরাবা পীরিবা পাণ্ডব লাম্মীশিং অদুবু কনাগে হাযবগীদমক যাত্রা তৌথোরক্লবা মতম্‌সদা, সুশর্ম্মানা মাগী মনাওশিং অমদি লাম্মীশিংগা লোয়নননা, অর্জ্জুনগী তুংদা ইল্লবকই ॥২॥ মতম্ অদুদা কনানসু ওমখিদ্রিবা অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা হায়রকই "কৃষ্ণ ! মনাওশিং লাম্মীশিংগা লোয়নননা, সুশর্ম্মানা ঐগা থেংনগদবগী লাউ লাউদুনা, শীঙ্‌নদুনা ইল্লরক্লি ॥৩॥ অদুগা, য়েক্লবা ওম্বা কৃষ্ণ ! অরাংথংবসোমদা ঐখোয়গী লাম্মীশিংনা পুম্‌চাই চাইনা কায়রক্লিবসিগা সংশপ্তকশিংনা তকশিল্লক্লিবসিগা ঐগী পুক্নীংদা চিংনবা অমা চাউনা পোক্‌ল্রে ॥৪॥ অতনা, হৌজিক্ ঐ য়েক্লবা সংশপ্তকশিং অসিবু হাল্লা হাৎখিসিরা, নত্রগা ঐখোয়গী লাম্মীশিং অসি হাল্লা কনখিসিরা ? ঐ নুং অনীগী মরক্তা হা ওল্লে। অদুনা, কদায়না কগদগে হায়বদু থুনা অমুক্তা হায়যু কৃষ্ণ ! ॥৫॥ অর্জ্জুননা অদুম্না হায়রবদা সুশর্ম্মাগী লাম্মীশিংনা শীঙমদুনা লাউরক্লিবা মায়গৈদোম্‌দা কৃষ্ণনা রথবু থৌজিনখি ॥৬॥ অদুগী তুংদা অর্জ্জুননা থৌরবা তেল তরেৎনা সুশর্ম্মাদা থাদগা ক্ষুরমচীন্‌শাবা থৌরবা

ততো ভুজগসঙ্কাশাং সুশর্ম্মা শক্তিমায়সীম্। চিক্ষেপার্জ্জুনমুদ্দিশ্য বাসুদেবায় তোমরম্ ॥৯॥
শক্তিং ত্রিভিঃ শরৈশ্ছিত্ত্বা তোমরং ত্রিভিরর্জ্জুনঃ। সুশর্ম্মাণং শরব্রাতৈর্মোহয়িত্বা ন্যবর্ত্তয়ৎ ॥১০॥
তং বাসবমিবায়ান্তং ভূরিবর্ষং শরৌঘিণম্। রাজংস্তাবকসৈন্যানাং নোগ্রং কশ্চিদবারয়ৎ ॥১১॥
ততো ধনঞ্জয়ো বাণৈঃ সর্ব্বানেব মহারথান্। আয়াদ্বিনিঘ্নন্ কৌরব্যান্ দহন্ কক্ষমিবানলঃ ॥১২॥
তস্য বেগমসহ্যং তং কুন্তীপুত্রস্য ধীমতঃ। নাশক্নুবংস্তে সংসোঢ়ুং স্পর্শমগ্নেরিব প্রজাঃ ॥১৩॥
সংবেষ্টয়ন্ননীকানি শরবর্ষেণ পাণ্ডবঃ। সুপর্ণ ইব নাগেন্দ্রং প্রায়াৎ প্রাগজ্যোতিষং প্রতি ॥১৪॥
যত্তদানাময়জ্জিষ্ণুর্ভরতানামপাপিনাম। ধনুঃ ক্ষেমকরং সংখ্যে দ্বিষতামশ্রুবর্দ্ধনম্ ॥১৫॥
তদেব তব পুত্রস্য রাজন্! দুর্দ্যূতদেবিনঃ। কৃতে ক্ষত্রবিনাশায় ধনুরায়চ্ছদর্জ্জুনঃ ॥১৬॥ (যুগ্মকম্)
তথা বিক্ষোভ্যমাণা সা পার্থেন তব বাহিনী। ব্যশীর্য্যত মহারাজ! নৌরিবাসাদ্য পর্ব্বতম্ ॥১৭॥
ততো দশ সহস্রাণি ন্যবর্ত্তন্ত ধনুষ্মতাম্। মতিং কৃত্বা রণে ক্রূরাং বীরা জয়পরাজয়ে ॥১৮॥

---

তেল্ অনীন, অর্জ্জুননা সুশর্ম্মাগী লীরুংগা শিরালগা কক্থৎখি ॥৭॥ অতুদগী ওহাক্ লৈবগা অর্জ্জুননা, শগোল সারথিগা লোয়ননা সুশর্ম্মাগী মনাওবু যমালয়দা থাখি ॥৮॥ অতুগী তুংদা সুশর্ম্মানা অর্জ্জুন তম্না শাংলবা, লিলগী মতৌগুম্বা তা অমা, অতুগা বৃষ্ণ তম্না থাঙ্ অম লংশিল্লকই ॥৯॥ মতম্ অদুদ, অর্জ্জুননা .থাবা তেল অহুম্না তা অদুবু, অতুগা, অহুম্ অমনা থাঙ্ অদুবু লম্মখাঙ্দা কক্থত্তুনা থাদবগা, সুশর্ম্মাবু শুম্মাংহন্দুনা মমায় ওন্সহনখি ॥১০॥ মহারাজ! অসিগী তুংদা, অতৌ অথম্ নৈতনা চুথবকপা নোংগী দেবতা ইন্দ্রগী মতৌগুম্বা, তেলগী নোংবু তত্তনা চুথহল্লক্পা অর্জ্জুননা অকিবগী মশক পুত্তনা চঙশিল্লক্লবদা, মহারাজগী কৌরবলাম্মীশিংগী মনুংদা কনানম্মু অর্জ্জুনবু থিংবা ওম্থিদ্রে ॥১১॥ অদুদগীদি অর্জ্জুন অসি, তেত্তনা কৌরবলাম্মী মপৈবু নৈহৎ নৈহৎনা, কংলবা নাপী শীঙবী মপৈবু চাক্শিল্লক্পা লম্মৈগুম্না লাল্কম্ মম্নাযদা চঙ্শিল্লক্লি ॥১২॥ মতম্ অদুদা মীনা মৈমনাক্ নক্শিন্বা ওমদহুনা হন্দোক্লবদুগুম্না কৌরব-লাম্মীশিংনা, শিংলবা হৈরবা কল্লবা অর্জ্জুনগী মনাক্ নক্পা ওম্থিদ্রে ॥১৩॥ গরুড়না চাউরবা লিল্ অমগী মায়কৈদা মপা চুম্না পাইশিল্লকপদুগুম্না, অর্জ্জুননা তেলগী লাংনা কৌরব লাম্মী পুম্ববু কোয়শিন্দুনা শুমহত্তুনা থম্নগা ভগদত্ত তম্না কুজিল্লকই ॥১৪॥ অসিগী তুংদা, মহারাজ! বিজয়ী কৌবা অর্জ্জুননা, পুন্যচেল্লবা ভরতশাগৈগী অকন্বশিংগীদি মঙ্গল পীননবগী মশক্ ওইরবা য়েক্লবশিংগীদ মমাত্তগী মপি শিম্নহনবগী মশক্-ওইবা মতম্ অমদা লীরুংসিমতনা নিংথৌ কয়া কম্নাবু মরুলুক্হন্থিবা, গাণ্ডীব কৌবা লীরুং অদুবু, মীনম্বা কৌরব হৈবা নচাঈবুঙোশিংগী দোষদগী, ক্ষত্রিয় অকন্বশিংবু তুম্হল্লগে হায়দুনা লীমী হাপ্তুনা খুদুম্ চেৎনা পায়রে ॥১৫—১৬॥

মহারাজ! অর্জ্জুননা মতৌ অদুম্না নৈথাইরক্লবা মতম্সিদা কৌরবলাম্মী মপৈ অসি, চীঙদুম্ অমদা থাইশিল্লবা হিজাও অমগী মতৌগুম্না মচেৎ মচেৎ থোক্লা ক্ষায়দুনা ছায়থায়

ব্যপেতহস্ত্যশ্বরথা আশ্বত্থামুং মহারথাঃ। আর্চ্ছৎ পার্থো গুরুং ভারং সর্বভারসহো যুধি ॥১৯॥
যথা নলবনং ক্রুদ্ধঃ প্রভিন্নঃ ষষ্টিহায়নঃ। মৃদ্নীয়াত্তদ্বদায়স্তঃ পার্থোঽমৃদ্নাচ্চমূং তব ॥২০॥
তস্মিন্ প্রমথিতে সৈন্যে ভগদত্তো নরাধিপঃ। তেন নাগেন সহসা ধনঞ্জয়মুপাদ্রবৎ ॥২১॥
তং রথেন নরব্যাঘ্রঃ প্রত্যগৃহ্লাদ্ধনঞ্জয়। স সন্নিপাতস্তুমুলো বভূব রথনাগয়োঃ ॥২২॥
কল্পিতাভ্যাং যথাশাস্ত্রং রথেন চ গজেন চ। সংগ্রামে চেরতুর্বীরৌ ভগদত্তধনঞ্জয়ৌ ॥২৩॥
ততো জীমূতসঙ্কাশান্নাগাদিন্দ্র ইব প্রভুঃ। অভ্যবর্ষচ্ছরৌঘেণ ভগদত্তো ধনঞ্জয়ম্ ॥২৪॥
স চাপি শরবর্ষং তচ্ছরবর্ষেণ বাসবিঃ। অপ্রাপ্তমেব চিচ্ছেদ ভগদত্তস্য বীর্য্যবান্ ॥২৫॥
ততঃ প্রাগ্‌জ্যোতিষো রাজা শরবর্ষে নিবারিতে। সংরক্তনয়নো রোষাৎ পার্থং পুনরবাকিরৎ ॥২৬॥
স তথা শরবর্ষেণ পার্থং সমভিহত্য বৈ। চোদয়ামাস তং নাগং বধায়াচ্যুতপার্থয়োঃ ॥২৭॥
তমাপতন্তং দ্বিরদং দৃষ্ট্বা ক্রুদ্ধমিবান্তকম্। চক্রেঽপসব্যং ত্বরিতঃ স্যন্দনেন জনার্দ্দনঃ ॥২৮॥

---

শাগ্রে ॥১৭॥ অদুগী তুংদা অকনবা রথী লিশিং তরানা পুল্লপ্পা হৌদুনা, শিরবস্থু চঙলবস্থু অহুমঙায়রে হায়দুনা, অর্জ্জুন তম্না মমায় লৈশিল্লকই ॥১৮॥ অকিবা চিংনবা লৈতনা মখোয় লিশিং তরা অসিনা অর্জ্জুনবু ঈকোয় কোয়শিন্‌খ্রে। অরাবা খুদোংথীবা পুম্বা মকোক্ খোংনা পুঙস্বা অর্জ্জুননা নীঙঙাইবা লৈতনা মথন্তনা ময়াম্ অদুগী মায়োক্ য়াখি ॥১৯॥ মতম্ অদুদা ময়ায় কারবা, মচুম্‌তারবা চহী হুম্ফুগী অবস্থা য়ৌরক্লবা, শামু লম্‌শা অমনা তৌ-য়েংদৌনচিংবগী বনবু নম্‌থেরক্লকপা অদুগী মতৌঙম্না অর্জ্জুননা কৌরবলাম্নীশিংবু নৈখাঈবা হৌরকলে ॥২০॥ অর্জ্জুননা অম্মুয়া নৈখায়রক্লবা মতম্‌সিদা, ভগদত্তনা মাগী শামু অদুদা তোংদুনা অর্জ্জুনতম্না চঙ্‌শিল্লকই ॥২১॥ রথী ওইবা অর্জ্জুননা গজারোহী ওইবা ভগদত্তগী মায়োক্ য়াখি। রথগা শামুগা অনীগী লাঞ্জাও অমা থোক্‌খ্রে ॥২২॥ অসিগী তুংদা, অকনবা অর্জ্জুনগা ভগদত্তগা অনী অসিগী লালগী শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা মাগী মাগী রথ অমদি শামুথক্তা তোংদুনা লালকম্‌দা চোংখোক্লখি ॥২৩॥ মতুং অদুদা, ইন্দ্রগুম্বা ভগদত্তনা, নোংগী মতৌঙম্ রাংচাউরবা, মুয়বা শামু মথক্তগী অর্জ্জুনগী মথক্তা তেলগী মপৈ মপৈনা নোংচুপগুম্ হৈথরকলে ॥২৪॥ ভগদত্তগী তেলগী মপৈ অদুনা য়ৌরক্লিঙৈদা অর্জ্জুনসু তেলগী মপৈ মপৈ কাপ্‌খত্তুনা লম্মথাঙদা কক্‌কক্তুনা থাদখি ॥২৫॥ অর্জ্জুননা, মাগী খুংদারশিং অদুবু কক্‌কক্তুনা থাদখিবদু উবদা, ভগদত্ত অসি শাউবনা মমীত্ত ঈকাদুনা অমুক্ হন্না মনম্ মনম্ কাপ্‌শিল্লক্তুনা, অর্জ্জুনগী মথাপুম্বা তেম্না পুম্‌য়োম্ য়োম্‌হন্‌খ্রে ॥২৬॥ অম্মুয়া ভগদত্তনা তেক্তনা অর্জ্জুনবু পুম্‌কুপ কুপ্‌শিল্লগা, সারথি কৃষ্ণ অমদি অর্জ্জুন অনীবু হেক্তা মহাৎলপে হায়না খল্লুনা মাগী রাংচাউরবা শামু কাটী থাদুনা প্রপ্রাণ্ থৌজিল্লকই ॥২৭॥ যমরাজগী মতৌঙম্না শামু অদুনা চঙশিল্লকপদু উবদা, কৃষ্ণনা থুনা য়াঙ্‌না

তং প্রাপ্তমপি নেয়েষ পরাম্ভতং মহাদ্বিপম্ । সারোহং মৃত্যুসাৎ কর্ত্তুং স্মরন্ ধর্ম্মং ধনঞ্জয়ঃ ।২৯।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি

সংশপ্তকবধে ভগদত্তযুদ্ধে ষড়্‌বিংশোঽধ্যায়ঃ ।২৬। *

---

রথ অহু শামুগী ওয়রোম্‌দা খৌজিল্লকই ।২৮। শামু অহুনা হাম্না অমুক্, অর্জ্জুনগী মথুত্তা মায়থীহুনা চেল্লবহুদা, হন্দক অমুক্ চঙশিল্লবম্ভ, অর্জ্জুনন। মাগী রাশক্ নীঙশিঙতক্‌না অতোংবা লাম্মী ভগদত্তগা কোম্নন। শামু অহুবু হাৎকে হায়না খনখিজে ।২৯।

মকম্ অসিদা, শ্রীমহাভারতদা, শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা সংশপ্তকবধগী মঙ্গুংদা ভগদত্তযুদ্ধগী কুন্তরুকশুবা অধ্যায় লোইরে ।০।

---

# শ্রীমহাভারতম্

## সপ্তবিংশোঽধ্যায়ঃ

( ভগদত্ত হাৎপগী মতাং )

কুন্তরেৎশুবা অধ্যায়ঃ

—:○:—

### ধৃতরাষ্ট্র উবাচ

তথা ক্রুদ্ধঃ কিমকরোদ্ভগদত্তস্য পাণ্ডবঃ । প্রাগ্‌জ্যোতিষো বা পার্থস্য তন্মে শংস যথাতথম্ ।১।

### সঞ্জয় উবাচ ।

প্রাগ্‌জ্যোতিষেণ সংসক্তাবুভৌ দাশার্হপাণ্ডবৌ । মৃত্যোর্দংষ্ট্রান্তিকং প্রাপ্তৌ সর্ব্বভূতানি মেনিরে ।২।

তথা তু শরবর্ষাণি পাতয়ত্যনিশং প্রভো । গজস্কন্ধান্মহারাজ ! কৃষ্ণয়োঃ স্যন্দনস্থয়োঃ ।৩।

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায় ঃ—সঞ্জয় ! শাউরবা অর্জ্জুনন ভগদত্তগী মকম্‌দা করি করি তৌখিবগে ? অদুগা ভগদত্তনস্থ অর্জ্জুনদা করি তৌখিবগে ? মাগু লোইনা নীয়ু ।১। সঞ্জয়না হায় ঃ—মহারাজ ! কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনা, ভগদত্তগী নাক্ত মাগা থেংনমি হায়হুনা চঙশিন্‌খিবহু উবদা অনী অসি অশিবগী খয়াত্ত চোংশিন্‌খ্রেদনা হায়না অউবশিংনা খল্লবি লাউনখি ।২। মহারাজ ! মতম্ অসিদা

অথ কাঞ্চনায়সৈর্বাণৈঃ পূর্ণকার্ম্মুকনিঃসৃতৈঃ। অবিধ্যদ্দেবকীপুত্রং হেমপুঙ্খৈঃ শিলাশিতৈঃ ॥৪॥
অগ্নিস্পর্শসমাস্তীক্ষ্ণা ভগদত্তেন চোদিতাঃ। নির্ভিদ্য দেবকীপুত্রং ক্ষিতিং জগ্মুঃ সুবাসসঃ ॥৫॥
তস্য পার্থো ধনুশ্ছিত্ত্বা পরিবারং নিহত্য চ। লালয়ন্নিব রাজানং ভগদত্তমযোধয়ৎ ॥৬॥
সোঽর্করশ্মিনিভাংস্তীক্ষ্ণাংস্তোমরান্ বৈ চতুর্দ্দশ। প্রৈরয়ৎ সব্যসাচী তু ত্রিধৈকৈকমথাচ্ছিনৎ ॥৭॥
ততো নাগস্য তদ্বর্ম্ম ব্যধমৎ পাকশাসনিঃ। শরজালেন মহতা তদ্ব্যশীর্য্যত ভূতলে ॥৮॥
বিশীর্ণবর্ম্মা স গজঃ শরৈঃ সুভৃশমর্দ্দিতঃ। বভৌ ধারানিপাতাক্তো ব্যভ্রঃ পর্ব্বতরাড়িব ॥৯॥
ততঃ প্রাগ্‌জ্যোতিষঃ শক্তিং হেমদণ্ডাময়স্ময়ীম্। ব্যসৃজদ্বাসুদেবায় দ্বিধা তামর্জ্জুনোঽচ্ছিনৎ ॥১০॥
ততশ্ছত্রং ধ্বজঞ্চৈব ছিত্ত্বা রাজ্ঞোঽর্জ্জুনঃ শরৈঃ। বিব্যাধ দশভিস্তূর্ণমুৎস্ময়ন্ পর্ব্বতেশ্বরম্ ॥১১॥
সোঽতিবিদ্ধোঽর্জ্জুনশরৈঃ সুপুঙ্খৈঃ কঙ্কপত্রিভিঃ। ভগদত্তস্ততঃ ক্রুদ্ধঃ পাণ্ডবস্য জনাধিপঃ ॥১২॥

---

ভগদত্তনা শামুমথক্কগী কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীগী মথক্তা তেম্না নোংচুবগুম্ হৈথখি ॥৩॥ ভগদত্তনা, সনানা তেম্নাপান্‌বা, য়োথৌন, মথৌ শংলবা তেল মপৈ মপৈবু, লীরীবু নাম্ন য়োনা চিংল্লনা, শামু মথক্কগী কৃষ্ণগী কোক্‌থক্তা কাপ্‌থখি মৈবুম্না থেংবগুম্ মৈচাক্ পীঙ্বা তেম্না তেম্নৈ কজনা পাল্লবা, থোরবা, ভগদত্তনা কাপ্‌লকপা তেল্‌শিং অহুনা কৃষ্ণগী মশাদা পাল্লম্ পাল্লশ্নগা লৈমায়থক্তা তাহুনা লৈগুংদ থুম্না চঙ্‌খি ॥৫॥ ওহাক্ লৈরগা অর্জ্জুননা ভগদত্তগী লীরুংগা মাগী খোঙলোয় পুন্নমক্তা কক্‌থংলগা ভগদত্তদা কম্না কম্না থাবা হৌরক্‌লে ॥৬॥ ওহাক্ লৈরগা নুমিংকী মঙালগুম্ লংলবা, ক্ষুরগুম্ থোরবা, থাঙ্‌মান্‌বা খুংলায় তরামরি অর্জ্জুন তম্না শামু মথক্কগী লংথরকৃই। অর্জ্জুননা মখোয় অম্বু মহাক্ য়োম্রিবৈদা লম্মখাঙদা মতুপ অহুম্ অহুম্ থোক্না কক্‌থত্তুনা থাদখি ॥৭॥ অতুদগী ওহাক্ লৈরগা, অর্জ্জুননা তেলগী লাং অমনা, শামু অতুগী মশা পুম্বদা কুপ্লিবা লালগী ফীজোল অদু কক্কুনা লাক্কুনা লংথোক্‌খি ॥৮॥ পাক্‌চাউরবা, শামুগী লাল ফুরিং অদু লৈমায়থক্তা পুম্‌তৎ তত্তুনা তাখি ॥৯॥ মশা ঈকোক্-কোক্লবা, লালগী ফীজোল য়াওদ্রবা শামু অদু অর্জ্জুনগী তেলগী চৈনানা শাথিনা অরা অনা শংহুনা, নোংগী ধারানা পুম্‌চোৎ চোৎলবা, নোংনা মাগী মথক্তা অমুক্ মওদ্রব, চীঙজাও অমগী মতৌগুম্না লাল্‌ফমদা ওাম্বোইখি ॥১০॥ অতুগী তুংদা, শামু মথক্কগী ভগদত্তনা, যোংনা শাবা, সনানা মখোক্ পান্‌বা থোরবা লংলবা শাংলবা ত অমা কৃষ্ণগী মথক্ তম্না লংথরকৃই। মতম্ অতুদা, তা অতুনা কৃষ্ণ য়োম্রিবৈদা অর্জ্জুননা মতুপ্ অনীথোক্ত কক্‌থত্তুনা লৈমায়থক্তা তাহন্‌খি ॥১১॥ অতুগী তুংদা অর্জ্জুননা মোমোন্ নোক্কুনা ভগদত্তগী শামু মথক্তা য়ুংলিবা ফিরালগা ছত্র (পে) গা অনী অদু কক্‌থত্তুনা থাদয়গা, থোরবা তেল্ তরানা ভগদত্তদা কম্না থাখি ॥১২॥ সনানা তেম্নৈ তেম্না পাল্লবা থোরবা, অর্জ্জুনগী তেলশিং অহুনা পান্‌বদা ভগদত্ত অসি থোইদোক্না শাউখিহুনা অর্জ্জুনগী মকোক্ তম্না, থোরথোরবা থাঙ্ অতেন্‌বা মান্‌বা খুংলায়শিং অদু মনম্ মনম্ লংথকাপথরকৃই ;

ব্যাসজত্তোমরান্ মূর্দ্ধি শ্বেতাশ্বস্তোন্ননাদ চ। তৈরর্জ্জুনস্ত সমরে কিরীটং পরিবর্ত্তিতম্ ॥১৩॥
(যুগ্মকম্)

পরিবৃত্তং কিরীটং তদ্যময়ন্নেব পাণ্ডবঃ। সুদৃষ্টঃ ক্রিয়তাং লোক ইতি রাজানমব্রবীৎ ॥১৪॥
এবমুক্তস্তু সংক্রুদ্ধঃ শরবর্ষেণ পাণ্ডবম্। অভ্যবর্ষৎ স গোবিন্দং ধনুরাদায় ভাস্বরম্ ॥১৫॥
তস্ত পার্থো ধনুশ্ছিত্বা তূণীরান্ সন্নিকৃত্য চ। ত্বরমাণো দ্বিসপ্তত্যা সর্ব্বমর্ম্মস্বতাড়য়ৎ ॥১৬॥
বিদ্ধস্ততোঽতিব্যথিতো বৈষ্ণবাস্ত্রমুদীরয়ন্। অভিমন্ত্র্যাঙ্কুশং ক্রুদ্ধো ব্যসৃজৎ পাণ্ডবোরসি ॥১৭॥
বিসৃষ্টং ভগদত্তেন তদস্ত্রং সর্ব্বঘাতি বৈ। উরসা প্রতিজগ্রাহ পার্থং সংছাদ্য কেশবঃ ॥১৮॥
বৈজয়ন্ত্যভবন্মালা তদস্ত্রং কেশবোরসি। ততোঽর্জ্জুনঃ ক্লান্তমনাঃ কেশবং প্রত্যভাষত ॥১৯॥
অযুধ্যমানস্তুরগান্ সংযন্তাস্মি তবানঘ। ইত্যুক্ত্বা পুণ্ডরীকাক্ষ। প্রতিজ্ঞাং স্বাং ন রক্ষসি ॥২০॥
যদ্যহং ব্যসনী বা স্যামশক্তো বা নিবারণে। ততস্ত্বয়ৈবং কার্য্যং স্যান্ন তু কার্য্যং ময়ি স্থিতে ॥২১॥
সবাণঃ সধনুশ্চাহং সসুরাসুরমানুষান্। শক্তো লোকানিমান্ জেতুং তচ্চাপি বিদিতং তব ॥২২॥

---

অদুদগী সিংহনাদ লাউরকই। অদুদগী খুৎলায়শিং অদুনা পাইথরক্লনা অর্জ্জুনগী কোক্থক্তা থাদুনা অর্জ্জুনগী লুহুপ অদু পুম্পে পৈথোক্হনখি ॥১২—১৩॥ অর্জ্জুননা মাগী লুহুপ্ অদুবু নীঙাথনা শেম্জিন্ শেম্জিন্না ভগদত্তরোমদা য়েংখত্লনা "নিংথৌ! নহাক্ অগৎ অসিবু মুন্না পেন্না য়েংহৌয়ো, মতুংদা অমুক্ উবা ফংলরোই" অস্তুম্না হায়খি ॥১৪॥ রাহৈ অসি তাবদা ভগদত্ত অসি থোইদোক্না শাউখিদুনা লীরুং খুহুম্ চেৎনা পায়দুনা অতৎ অথম্ লৈতনা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীগী মথক্তা কাপ্থরক্লে ॥১৫॥ মতম্ অদুদা অর্জ্জুননা ভগদত্তগী লীরুংগা তেন্দোংগা অনী কক্থৎতুনা, অদুগী তুংদা অমুক্, থোরবা তেল হুম্ফুতরানিথোইনা ভগদত্তগী থজীন্দা থুন্না থাখি ॥১৬॥ মতম্ অদুদা ভগদত্ত অসি থীনা পান্মন্খদুনা য়ান্না শাউনা, বৈষ্ণবাস্ত্র কৌবা অদু থারগে খন্দুনা, মানা পায়রিবা শামুকাটী অদুদা বৈষ্ণবাস্ত্রগী মন্ত্র কাম্শিন্দুনা মাদু, অর্জ্জুনগী থবাক্ তন্না লংথরকই ॥১৭॥ খোখোৎপা হাৎঙবা, বৈষ্ণবাস্ত্র অদুনা পাইথরকপদু উবদা, কৃষ্ণনা মাগী তুংলোম্দা অর্জ্জুনবু লৈথোক্ থৈদোক্লনা থন্নগা, থুনা য়াওনা মশামক্না থবাক্ত খুৎলায় অদুবু থাহনখি ॥১৮॥ বৈষ্ণবাস্ত্র অদুনা কৃষ্ণগী ওক্শম্দা বৈজয়ন্তী মালা পরেং ওইদুনা থেইনদুম্ নীঙথিজখি। মতম্ অদুদা অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা অস্তুম্না হায়খি ॥১৯॥ কৃষ্ণ! "মমাঙৈদা, ঐদি লাল য়াওরোই, শগোল্ত মথৌগনি—অস্তুম্না হায়খিবদাই। অদুবু হৌজিক্তি, নহাক্না রাশক্ অদু ঙাক্ত্রেদো" ॥২০॥

কৃষ্ণ। করিগুম্বা, ঐগী পুক্নীং অমদি রাখল্লা মায়কৈ অমরোম্দা চঙপ্রব, নত্রগা, ঐনা খুৎলায় অসিবু থিংবা কক্পা ঙম্মরোইদৌবা লৈরবদি নহাক্না ঐগী অস্তুম্না তৌবিয়ব্দু য়াই। অদুবু, ঐ অসি য়ায়া চোক্শিন্না লৈনা লৈনা, অদুদা খুৎলায় অসি কক্পা ঙম্না ঙম্না কবিগী দমক্ লাল য়াওরিবনো, মাসি করা চুম্দবাক্লে ॥২১॥ কৃষ্ণ। অর্জ্জুন কৌবা ঐ অসি, মরোল্

ততোঽর্জ্জুনং বাসুদেবঃ প্রত্যুবাচার্থবদ্বচঃ। শৃণু গুহ্যমিদং পার্থ। পুরাবৃত্তং যথানঘ। ॥২৩॥
চতুর্মূর্ত্তিরহং শশ্বল্লোকত্রাণার্থমুদ্যতঃ। আত্মানং প্রবিভজ্যেহ লোকানাং হিতমাদধে ॥২৪॥
একা মূর্ত্তিস্তপশ্চর্য্যাং কুরুতে মে ভুবি স্থিতা। অপরা পশ্যতি জগৎ কুর্ব্বাণং সাধ্বসাধুনী ॥২৫॥
অপরা কুরুতে কর্ম্ম মানুষং লোকমাশ্রিতা। শেতে চতুর্থী ত্বপরা নিদ্রাং বর্ষসহস্রিকাম্ ॥২৬॥
যাসৌ বর্ষসহস্রান্তে মূর্ত্তিরুত্তিষ্ঠতে মম। বরার্হেভ্যো বরান্ শ্রেষ্ঠাংস্তস্মিন্ কালে দদাতি সা ॥২৭॥
তন্তু কালমনুপ্রাপ্তং বিদিত্বা পৃথিবী তদা। অযাচত বরং যন্মাং নরকার্থায় তচ্ছৃণু ॥২৮॥
দেবানাং দানবানাঞ্চ অবধ্যস্তনয়োঽস্তু মে। উপেতো বৈষ্ণবাস্ত্রেণ তন্মে ত্বং দাতুমর্হসি ॥২৯॥
এবং বরমহং শ্রুত্বা জগত্যাস্তনয়ে তদা। অমোঘমস্ত্রং প্রাযচ্ছং বৈষ্ণবং পরমং পুরা ॥৩০॥
অবোচঞ্চৈতদস্ত্রং বৈ হ্যমোঘং ভবতু ক্ষমে। । নরকস্যাভিরক্ষার্থং নৈনং কশ্চিদ্বধিষ্যতি ॥৩১॥
অনেনাস্ত্রেণ তে গুপ্তঃ সুতঃ পরবলার্দ্দনঃ। ভবিষ্যতি দুরাধর্ষঃ সর্বলোকেষু সর্ব্বদা ॥৩২॥

---

অহুমদা লৈরিব লাইহৈংচাবা পুম্নমক্পু মাঙহনৱা ওস্ব মীশক্ অমান হায়র্বসি মথৎলিবনি ॥২২॥ অর্জ্জুনগী যুক্তিযুক্ত ওইবা ৱা অসুক্ তাবদা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা—অর্জ্জুন! মমাংদা থোক্লকখিবা ৱারী অদু তাও, লীগে" অহুম্না হায়রকই ॥২৩॥ "অর্জ্জুন! ঐগী মূর্ত্তি মরিনি। মরি অসিনা, ঐনা জগৎপু ঙাক্লি। ঐনা ঈশামক্পু শরুক্ মারি খায়দোক্লগা জগৎপুম্নসিগী কান্নবা তৌদুনা লৈরিবনি" ॥২৪॥ নারায়ণ কৌবা ঐগী মূর্ত্তি অমনা বদরিকাশ্রমদা তপস্যা তৌদুনা লৈ। পরব্রহ্মগী মশক্ ওইরবা অনীশুবা মূর্ত্তিনা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসিগী অফফত্তু পুম্না য়েংতনা লৈরি ॥২৫॥ অহুম্শুবা, ঙাথেঙ্নচিংবগী মশক পুপুদুনা, মর্ত্ত্যলোক অসিদা থবক্ তৌদুনা লৈবা মূর্ত্তি অমগা লৈরি। মরিশুবা, ঈশিংদা লৈবা, অনন্ত ওইবা মূর্ত্তি অদুদি চহী লিশিং চুপ্পা সমুদ্রদা য়াতাদুনা লৈ ॥২৬॥ হায়রিবা মরিশুবা মূর্ত্তি অসে, চহী লিশিং অমগী মতুংদা হেক্ হেক্ মীকপ থোক্কনা হৌগৎলি। মূর্ত্তি আসন মতম্ অদুদা লোক্ পুম্বদা বরদান হেক্ হেক্ পী ॥২৭॥ মতম্ অদু থোরক্লে খঙলনা পৃথিবীনা মাগী মচা নরক কৌবদুগীদমক নিখিবা বর অদুগী মরমদা লীগে তাও ॥২৮॥ "ভগবন্! ঐগী ঈচা নরক অসে বৈষ্ণবাস্ত্র পীদুনা লাইহিংচাবা কনাগুম্বা অমতনা হাৎপা ঙমদবা ওইহনবিয়ু। অদুনা খুৎলায় অদু ঐঙোন্দা পীনবিয়ু" অহুম্না হায়খি ॥২৯॥ মতম্ অদুদা, ঐনা নরক্ হায়বদুগী মরমদা মমানা নিখিবা বর অদু তাদুনা বৈষ্ণবাস্ত্র হায়বা খুৎলায় অদু পৃথিবীদা দান তৌবিখি ॥৩০॥ বর দান অদু তৌবা মতমদা "পৃথিবী! ঐনা নংগী নচা নরককীদমক্ খুৎলায় অসি নঙোন্দা পীরবসিনি। খুৎলায় অসি নংগী নচানা পায়বা মতমদ লাই হিংচাবা কনাগুম্বা অমতনা মরাক্পু হাৎপা য়ারোই" অহুম্না ঐনা হায়খি ॥৩১॥ "ঐনা পীরিবা খুৎলায় অসিনা নচা অসি য়েংবা পুম্বনা লাকওম্ কাওমত্রবা হায়বদু ওইগনি য়েংবা পুম্বম্ ওম্বা ওইসনু" ॥৩২॥

তথেত্যুক্তা গতা দেবী কৃতকামা মনস্বিনী । স চাপ্যাসীদ্দুরাধর্ষো নরকঃ শত্রুতাপনঃ ॥৩৩॥
তস্মাৎ প্রাগ্‌জ্যোতিষং প্রাপ্তং তদস্ত্রং পার্থ ! মামকম্ ।
নাস্যাবধ্যোঽস্তি লোকেষু সেন্দ্ররুদ্রেষু মারিষ ! ॥৩৪॥
তন্ময়া ত্বৎকৃতেনৈতদন্যথা ব্যপনায়িতম্ । বিমুক্তং পরমাস্ত্রেণ জহি পার্থ ! মহাসুরম্ ॥৩৫॥
বৈরিণং জহি দুর্দ্ধর্ষং ভগদত্তং সুরদ্বিষম্ । যথাহং জঘ্নিবান্ পূর্ব্বং হিতার্থং নরকং তথা ॥৩৬॥
এবমুক্তস্তদা পার্থঃ কেশবেন মহাত্মনা । ভগদত্তং শিতৈর্বাণৈঃ সহসা সমবাকিরৎ ॥৩৭॥
ততঃ পার্থো মহাবাহুরসংভ্রান্তো মহামনাঃ । কুম্ভয়োরন্তরে নাগং নারাচেন সমার্পয়ৎ ॥৩৮॥
স সমাসাদ্য তং নাগং বাণো বজ্র ইবাচলম্ । অভ্যগাৎ সহ পুঙ্খেন বল্মীকমিব পন্নগঃ ॥৩৯॥
স তু নিষ্টভ্য গাত্রাণি দন্তাভ্যামবনীং যযৌ । নদন্নার্ত্তস্বরং প্রাণানুৎসসর্জ্জ মহাদ্বিপঃ ॥৪০॥
ততশ্চন্দ্রার্দ্ধবিম্বেন শরেণ নতপর্ব্বণা । বিভেদ হৃদয়ং রাজ্ঞো ভগদত্তস্য পাণ্ডবঃ ॥৪১॥
স ভিন্নহৃদয়ো রাজা ভগদত্তঃ কিরীটিনা । শরাসনং শরাংশ্চৈব গতাসুঃ প্রমুমোচ হ ॥৪২॥

—

"যাম্না নুংঙ ইজর" অহুম হায়রনা পৃথিবীনা খুংলায আস মচ নরকতা পীখ। অহুদগী খুংলায অাসগী পাথেন। মচা অদু লাইগী চানগী মনুদা কনা অমত্তন লাকুচবা ভমাখত্রে ॥৩৩॥ অর্জ্জুন ! খুংলায অসে ভগদত্ত নংথোকনা, নরকাসুরদগী কংখবনি। ইন্দ্রলোক রুদ্রলোকনচিবদা খুংলায অসনা হাৎপ যাবোইদোবা মীনক্ অমত্তা লৈতে ॥৩৪॥ অহুন, ঐনা নহাক্পু কনগে হায়বগীদমক্ খুংলায অাসবু ঐনা ওঙ্ক্না লৈপরেং ওইনা শীজিল্লবাসনি, অত্তনা অর্জ্জুন। ভগদত্ত অসে, মাগী অথোইবা খুংলায য়াওদ্রে, অহুনা মাবু হাৎননবা থৃনা যাওনা খোরাং চৌরো ॥৩৫॥

মমাঙৈদা ঐনা জগৎকী কান্নবগীদমক্তা নবকাসুরবু হাৎখিবদুগুম্না নহাক্পু, খুংলায় অসিগী পাঙ্গৈতনা লাকুঙমকাঙম্দবা, কনা অমত্তনা হাৎপা যারমদবা অসে হাৎলো ॥৩৬॥ বা অাস তাবদা অর্জ্জুননা তেল মনম্ মনম্ কাপশিল্লক্লনা ভগদত্তগী মশাপুম্বা তেম্না পুম্ঘোম্ য়োমখ্রে ॥৩৭॥ মরিল্ লৈরবা কল্লবা অর্জ্জুননা নীঙঙাইবা লৈত্তনা খোরবা, য়েৎতুম্ মচীন্ শাবা তেল অমনা, ভগদত্তগী শামু অহুগী অনী তোঙখৎলিবা মকোক্ অহুগী ময়ায়দা চপ্ চপ্ চানা থাখি ॥৩৮॥ বজ্রনা চীঙগী মনুংদা চঙশিন্‌খিবা, লিম্না লৈশোবুগী মখুন্দা চঙ্শিন্‌খিবদুগুম্না তেল্ অত্তনা তেল্না তেন্‌মৈ তেন্‌কোকা লোয়নননা মশা অহুগী আ-গর্ত্ত মনুংতাম্না চঙশিন্‌খ্রে ॥৩৯॥ মত্তম্ অহুদা শামু অসি, মশাদু পোঙথোক কন্দোরক্লনা মমীৎ মনা ঙ্ক্রাং ঙ্ক্রাং ওন্থৎকুনা মন্নানা লৈমায়থক্তা শোদুনা, খোং খোংদুনা মথ্রাই থাখি ॥৪০॥ অদুদগী, খোরবা থা-অরেৎ শাবা তেল অমনা, অর্জ্জুননা ভগদত্তগী থব্জীন্দা থুম্না থাখি ॥৪১॥ অর্জ্জুনগী খোরবা তেল অহুনা, ভগদত্তগী থব্জীন্দা পান্‌বদা ভগদত্তগী মথন্নাই মত্তা অহু হককচাংদগী মথাখোকখি।

শিরস্ত্রঞ্চ বিশীর্ণং পপাত চ বরাংশুকম্ ।　　নালতাড়নবিশীর্ণং পলাশং নলিনাদিব ॥৪৩॥

স হেমমালী তপনীয়ভাণ্ডাৎ পপাত নাগাদ্গিরিসন্নিকাশাৎ ।

সুপুষ্পিতো মারুতবেগভগ্নো মহীধরাগ্রাদিব কর্ণিকারঃ ॥৪৪॥

নিহত্য তং নরপতিমিন্দ্রবিক্রমং সখায়মিন্দ্রস্য তদৈন্দ্রিরাহবে ।

ততোঽপরাংস্তব জয়কাঙ্ক্ষিণো নরান্ বভঞ্জ বায়ুর্ব্বলবান্ দ্রুমানিব ॥৪৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
সংশপ্তকবধে ভগদত্তবধে সপ্তবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

---

লীরুং তেল থাদোক্‌না ভগদত্ত অসি মথরাই থাখি ॥৪২॥ মখোক্ লোয়রবা থম্বালনা মখোকপী তৎতুনা কেন্দুনা ঈশিং ঈমায়থক্তা তাবগুম্, মণিমুক্তানা হৎলবা কোয়েৎকা লোয়নরবা, ভগদত্তগী মকোক্ অহু হকচাংদগী তোঙায়া লৈমায়থক্তা তাখি ॥৪৩॥ অহুদগীদি, কল্লবা মুংশিৎনা হবদা তেক্লবা মনামপায়া থল্লবা রাংচাউরবা চীঙথ্রাও পাম্বীনা চীঙদোক্তগী ওহয়কপগুম্ সনা লুপা মণিমুক্তানা হৎলবা কজরবা কীজোয় লৈতেংলবা সনরীক্লা লৈতেংবা ভগদত্তগী হকচাং অহু চীঙগুম্ রাংচাউরবা শামু মথক অহুদগী ওহখি ॥৪৪॥ মহারাজ অর্জ্জুননা, লান্দা ইন্দ্রগুম্ থৌয়বা, ইন্দ্রমকী মরূপ্ ওইবা, নিংথৌ ভগদত্তবু হাৎলবা তুং অসিদা কল্লবা মুংশিৎনা উজাও মথং মথং থুদেক্‌-লক্‌পগুম্, মহারাজগী কৌরব তেন্দোন্‌গী অকন্‌বশিংবু মথং মথং হাৎলক্‌লে, মায়থীবা পীরকলে ॥৪৫॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, দ্রোণ পর্ব্বদা সংশপ্তকবধগী ভগদত্তবধগী কুন্তরেৎগুবা অধ্যায় লোইরে। ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## অষ্টাবিংশোঽধ্যায়ঃ

(অর্জ্জুনগী মপাঙল মথৌনা)

কুম্নিপানশুবা অধ্যায়

—————:※:—————

### সঞ্জয় উবাচ

প্রিয়মিন্দ্রস্য সততং সখায়মমিতৌজসম্। হত্বা প্রাগ্‌জ্যোতিষং পার্থঃ প্রদক্ষিণমবর্ত্তত ।১।
ততো গান্ধাররাজস্য সুতৌ পরপুরঞ্জয়ৌ। আর্দ্দেতামর্জ্জুনং সংখ্যে ভ্রাতরৌ বৃষকাচলৌ ।২।
তৌ সমেত্যার্জ্জুনং বীরৌ পুরঃ পশ্চাচ্চ ধন্বিনৌ। অবিধ্যেতাং মহাবেগৈর্নিশিতৈর্বাণৈর্ভৃশম্ ।৩।
বৃষকস্য হয়ান্ সূতং ধনুশ্ছত্রং রথং ধ্বজম্। তিলশো ব্যধমৎ পার্থঃ সৌবলস্য শিতৈঃ শরৈঃ ।৪।
ততোঽর্জ্জুনঃ শরব্রাতৈর্নানাপ্রহরণৈরপি। গান্ধারানাকুলাংশ্চক্রে সৌবলপ্রমুখান্ পুনঃ ।৫।
ততঃ পঞ্চশতান্ বীরান্ গান্ধারানুদ্যতায়ুধান্। প্রাহিণোন্মৃত্যুলোকায় ক্রুদ্ধো বাণৈর্ধনঞ্জয়ঃ ।৬।
হতাশ্বাত্তু রথাত্তূর্ণমবতীর্য্য মহাভুজঃ। আরুরোহ রথং ভ্রাতুরন্যচ্চ ধনুরাদদে ।৭।
তাবেকরথমারূঢ়ৌ ভ্রাতরৌ বৃষকাচলৌ। শরবর্ষেণ বীভৎসুমবিধ্যেতাং মুহুর্মুহুঃ ।৮।
স্যালৌ তব মহাত্মানৌ রাজানৌ বৃষকাচলৌ। ভৃশং নিজঘ্নতুঃ পার্থমিন্দ্রং বৃত্রবলাবিব ।৯।

---

**সঞ্জয়না হায়ঃ**— ইন্দ্রগী মরুপ্ ওইরবা, ইন্দ্রগুম্ মথৌনা লৈরবা ভগদত্তবু হাৎলবা তুং অসিদা অর্জ্জুন অসি কৌরব লাম্নী মপৈগী মখা পাংনা চৎখি ॥১॥ অদোম্দা চৎখিবদা, গান্ধার নিংথৌগী মচা, য়েক্লবগুম্‌গন্‌বা বৃষক কৌবা অমগা অচল কোবা অমগা অনীনা অর্জ্জুনদা কমা চৈনাখোল পীরকলে ॥২॥ অকন্‌বা মচীন্মনাও অনীসিনা য়েৎলোম্ ওয়রোম্‌দা হাই হাইতনা তুংমাওদা হন্দোক্‌হল্লিন্দোহুনা অর্জ্জুনদা অতৎ অথম্ লৈতনা থাজিল্লক্‌লে, ॥৩॥ মতম্ অদুদা অর্জ্জুননা থৌর থৌরনা তেন্না সুবলগী মচা বৃষকগী শগোল সারথি, লীরুং, কিরাল, রথ পুম্মক্‌শিবু শিংগুপশানা থোইদিং মখায় মখায়মুক্তা চাওনা কককক্‌না থাদখি ॥৪॥ অদুদগী অর্জ্জুননা, তেন্না অতৎ অথম্ লৈতনা কাপশিল্লক্‌না বৃষকনচিংবা গান্ধারগী অকন্‌বা লাম্নীশিংবু নিংদোল চেন্‌গুম্ চেন্‌গানহলখি ॥৫॥ ওহাক লৈরগা অর্জ্জুননা থোইনা শাউথিহুনা, খুৎলায় পায়বা কন্নবা গান্ধারগী লাম্নী চামঙাবু মথরাই লোখি ॥৬॥ অসোমদা, খুৎসায় য়াওব্রবা, রথ লৈত্রবা বৃষক হায়বসি মনাও অচলগী রথ মথক্তা চোংখৎখিহুনা অতোপ্পা লীরুং অমা পায়খৎখি ॥৭॥ মতম্ অদুদা, রথ অমতদা, তোংমিন্নরবা, বৃষক অচল হায়বা মচীন্মনাও অনীসি, অতৎ অথম্

নকুলস্কৌ তু গান্ধারাবহতাং পাণ্ডবং পুনঃ । নৈদাঘবার্ষিকৌ মাসৌ লোকং ঘর্ম্মাংশুভির্যথা ॥১০॥
তৌ রথস্থৌ নরব্যাঘ্রৌ রাজানো বৃষকাচলৌ । সংশ্লিষ্টাঙ্গৌ স্থিতৌ রাজন্ । জঘানৈকেষুণার্জ্জুনঃ ॥১১॥
তৌ রথাৎ সিংহসঙ্কাশৌ লোহিতাক্ষৌ মহাভুজৌ । গতাসূ পেততুর্বীরৌ সোদর্য্যাবেকলক্ষণৌ ॥১২॥
তয়োর্ভূমিং গতৌ দেহৌ রথাদ্বন্ধুজনপ্রিয়ৌ । যশো দশ দিশঃ পুণ্যং গময়িত্বা ব্যবস্থিতৌ ॥১৩॥
দৃষ্ট্বা বিনিহতৌ সংখ্যে মাতুলাবপলায়িনৌ । ভৃশং মুমুচুরশ্রূণি পুত্রাস্তব বিশাংপতে । ॥১৪॥
নিহতৌ ভ্রাতরৌ দৃষ্ট্বা মায়াশতবিশারদঃ । কৃষ্ণৌ সম্মোহয়ন্ মায়াং বিদধে শকুনিস্ততঃ ॥১৫॥
লগুড়ায়োগুড়াশ্মানঃ শতঘ্ন্যশ্চ সশক্তয়ঃ । গদাপরিঘনিস্ত্রিংশশূলমুদ্গরপট্টিশাঃ ॥১৬॥
সকম্পনর্ষ্টিনখরা মুষলানি পরশ্বধাঃ । ক্ষুরাঃ ক্ষুরপ্রনালীকা বৎসদন্তাস্থিসন্ধয়ঃ ॥১৭॥
চক্রাণি বিশিখাঃ প্রাসা বিবিধান্যায়ুধানি চ । প্রপেতুঃ শতশো দিগ্ভ্যঃ প্রদিগ্ভ্যশ্চার্জ্জুনং প্রতি ॥১৮॥

( বিশেষকম্ )

---

লৈতনা অর্জ্জুনদা কাপশিল্লকলে ॥৮॥ মহারাজ ! মমাঙৈদা বৃত্রাসুর বলাসুর অনীনা ইন্দ্রগা লেংনখিবত্তগুম্না মহারাজগী নশেলঈবুঙো অকন্‌বা মচীম্‌নাও অনীসিনা অর্জ্জুনদা শাথিনা চৈনা পীরক্‌লে ॥৯॥ ইঙা ইঙেন্দা নোংগী মরী লিশিং লিশিংনা নুমিৎকী মঙান্‌গা লোয়ননা মীবু অরাবা পীরক্‌পদুগুম্ন বৃষক অচল কোবা অনীসিনা, অর্জ্জুনদা মপা চুম্না চুম্না কাপ্‌শিল্লক্ত্‌না অরাবা চৈনা থীনা পীরে ॥১০॥

মহারাজ ! নিপা অথোইবা, ক্ষত্রিয় অকন্‌বা অনীসি রথ অমতদা, অমগমগা ক্রক্‌ক্রক্ তক্লনা কম্মিন্নহুনা, মশা অমত ওইনা অর্জ্জুনদা কাপশিল্লকপা মতম্ অহ্রদা, অর্জ্জুননা মখোয় অনীবু পুল্লপ্পা অমুক্তদা মথ্‌্রাই লোখি ॥১১॥ মতম্ অহ্রদা নোংশাগা মান্ননা মথোনা লৈরবা মমীৎ ঈকারবা, মপাম্বোম চাউরবা, মশক্ ম:তৌ মওং ফিরেপ চপ মান্নবা নিংথৌমচা অনীসি মতম্ অমত্তদা রথ মথক্তগী ওন্থখি ॥১২॥ সুংশিনরবা অনীসিগী হকচাং অনী অহু মায়কৈ পূম্বদা মিৎচৎ থনম্মগা তুমিন্না মথরাই য়াওদনা লেংগোন্নদুনা লৈমায়থক্তা তাখি ॥১৩॥ মহারাজ ! নচা ঈবুঙোশিংনা, চেন্‌গন্ত্রবা, হন্ত্রবা অকন্‌বা অনীসিনা শিখিবহু উবদা, মমীত্তগী মপি শিন্থনখি ॥১৪॥ অসিগী তুংদা মায়া হৈরবা শকুনিনা, সুংশিজররবা মনাও অনীনা শিবসি উবদা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীবু শুম্‌তৎহনগে হায়রবগীদমক্ মায়া তৌরকলে ॥১৫॥ মতম্ অহ্রদা, নুং, লৈহুম্, য়োচ্ছ্‌ক, নুত্তক, গদা, থাঙশাং, হয়রত্তা, চৈচ্ছুপ, থাঙপাক, য়োচৈ, তা, শীঙজং, ক্ষুর উতোংপান্‌বা খুৎলায় (নোংমৈ) য়োৎ-শিংয়োৎ শন্নাওমচাগী ময়ামানবা খুৎলায়, শক্ত তাক্ত কন্নকল্লবা, চক্র, তেল হয়লাং থৌমী অসীনগুবা খুৎলায় য়াথল্ মথল্ অসি মপৈ মপৈ ওইনা মায়কৈ পূম্বদগী পাইশিল্লক্ত্‌না অর্জ্জুনগী মথক্ত তায়রে ॥১৬—১৭॥ পাখা, উট, ইয়োই, নোংশা, কৈ, শন্দং, কবোকৈ, শওম, সম্‌হই, লাঙজা,

খরোষ্ট্রমহিষাঃ সিংহা ব্যাঘ্রাঃ সৃমরচিত্রকাঃ। ঋক্ষাঃ শালাবৃকা গৃধ্রাঃ কপয়শ্চ সরীসৃপাঃ ॥১৯॥
বিবিধানি চ রক্ষাংসি ক্ষুধিতান্যর্জ্জুনং প্রতি। সংক্রুদ্ধান্যভ্যধাবন্ত বিবিধানি বয়াংসি চ ॥২০॥

( যুগ্মকম্ )

ততো দিব্যাস্ত্রবিচ্ছূরঃ কুন্তীপুত্ত্রো ধনঞ্জয়। বিসৃজন্নিষুজালানি সহসা তান্যতাড়য়ৎ ॥২১॥
তে হন্যমানাঃ শূরেণ প্রবরৈঃ সায়কৈর্দৃঢ়ৈঃ। বিরুবন্তো মহারাবান্ বিনেশুঃ সর্বতো হতাঃ ॥২২॥
ততস্তমঃ প্রাদুরভূদর্জ্জুনস্য রথং প্রতি। তস্মাচ্চ তমসো বাচঃ ক্রূরাঃ পার্থমভর্ৎসয়ন্ ॥২৩॥
তত্তমো ভৈরবং ঘোরং ভয়কর্ত্তৃ মহাহবে। উত্তমাস্ত্রেণ মহতা জ্যোতিষেণার্জ্জুনোঽবধীৎ ॥২৪॥
হতে তস্মিন্ জলৌঘাস্তু প্রাদুরাসন্ ভয়ানকাঃ। অম্ভসস্তস্য নাশার্থমাদিত্যাস্ত্রমথার্জ্জুনঃ।
প্রাযুঙ্‌ক্তাম্ভস্ততস্তেন প্রায়শোঽস্ত্রেণ শোষিতম্ ॥২৫॥
এবং বহুবিধা মায়াঃ সৌবলস্য কৃতাঃ কৃতাঃ। জঘান তরসা রাজন্! প্রহসন্নর্জ্জুনস্তদা ॥২৬॥
তদা হতাসু মায়াসু ত্রস্তোঽর্জ্জুনশরাহতঃ। অপায়াজ্জবনৈরশ্বৈঃ শকুনিঃ প্রাকৃতো যথা ॥২৭॥
ততোঽর্জ্জুনোঽস্ত্রবিচ্ছৈষ্ঠ্যং দর্শয়ন্নাত্মনোঽরিষু। অভ্যবর্ষচ্ছরৌঘেণ কৌরবাণামনীকিনীম্ ॥২৮॥
সা হন্যমানা পার্থেন তব পুত্রস্য বাহিনী। দ্বৈধীভূতা মহারাজ। গঙ্গেবাসাদ্য পর্বতম্ ॥২৯॥

---

য়োং-লিল, হিংচাবা ঙাৎ-ঙাৎ, উচেক্ মখল্ মখল্ মখোয় অসিনা, য়াম্না লাম্না, শাউনা শাউনা অর্জ্জুন ভম্না চেন্‌শিল্লকলে ॥১৯—২০॥

মতম্ অদুদা লাইগী খুৎলায় হৈরবা অকন্‌বা অর্জ্জুননা মখোয় পুম্নমক্ অদুবু খুদক্তা তাম্থোক্‌খি ॥২১॥ অর্জ্জুনগী থৌর থৌরবা খুৎলায়না থীনা চৈনা কংদুনা লাউ খোংদুনা মায়গৈ পুম্বদা পান্‌বদা জীবশিং অদু চেম্থোক্লখি, খুদক্তা মাঙখি ॥২২॥ অদুদগী ওহাক লৈরগা, অর্জ্জুনগী রথকী অকোয়বদা পুথম্ মম্‌খি। অমম্বা মরক্তুদগী থীরবা খোঞ্জেলনা অর্জ্জুনদা থীনা থীনা চৈয়কই ॥২৩॥ অর্জ্জুননা মতম্ অদুদা, মঙালগী তেল্ কাপ্তুনা লাল্‌কম্ অদুদগী অমম্বা মপৈ অদুবু লাপ্‌হনখি ॥২৪॥ অমম্বদুনা হেক্ তাক্‌খিবদা ইপোম্‌গা লোয়নরবা ঈশিংগী কল্লবা ঈচেল ময়াম্ চেনশিল্লকই। মতম্ অদুদা অর্জ্জুননা আদিত্যাস্ত্র খুৎলায় সীজিন্নদুনা ঈশিং মপৈ অদু প্রকৃপ্রক্ কংশিন্‌হন্‌খি ॥২৫॥ মহারাজ। শকুনিনা মতৌ অসুম্না মায়াগী লাল্ মখল্ মখল্ তৌরকলবাসদা অর্জ্জুননা নোক্ নোক্তুনা ময়াম্ অদুবু খুদক্ খুদক্তা মাঙহনখি ॥২৬॥ মায়াশিং অদুনা কায়দনা মুৎপ্রবদা শকুনি অসি অর্জ্জুননা খুৎলায়শিং অদু কিয়দুনা, পাঙত্রবা তোল্লবা মী অমগুম্না য়াঙলবা শগোল্ অমদা তোংখত্তুনা কন্না চেন্‌খ্রে ॥২৭॥ অদুদগীদি অর্জ্জুননা মশাগী মথুৎপ্পবা, মথুং লোয়বদু য়েক্লবশিংদা উত্তুনা কৌরব লাম্নী মপৈবু নৈথাইবা হৌরকলে। তেক্তনা নোংদুবকুম্ হৈনরকলে ॥২৮॥ মহারাজ। অর্জ্জুননা মতৌ অসুম্না হাম্চিল্লকপা মতমশিংদা কৌরবলাম্নী মপৈবু, পর্বত্ অমগী মখা চীঙহম্ অমগ থেংনরকবদা, ঈয়োং অনী কান্না চেন্থিনরম্বা, অনীথোক্লা কায়রে ॥২৯॥

দ্রোণমেবাভ্যপদ্যন্ত কেচিত্তত্র নরর্ষভাঃ । কেচিদ্দুর্য্যোধনং রাজন্ অর্দ্দ্যমানাঃ কিরীটিনা ॥৩০॥
পাপতাবত্তথৈবেদং সৈন্যং বৈ রজসা বৃতে । গাণ্ডীবস্য চ নির্ঘোষঃ শ্রুতো দক্ষিণতো ময়া ॥৩১॥
শঙ্খদুন্দুভিনির্ঘোষং বাদিত্রাণাঞ্চ নিস্বনম্ । গাণ্ডীবস্য তু নির্ঘোষো ব্যতিক্রম্যাস্পৃশদ্দিবম্ ॥৩২॥
ততঃ পুনর্দক্ষিণতঃ সংগ্রামশ্চিত্রযোধিনাম্ । সুযুদ্ধমর্জ্জুনস্যাসীদহন্তু দ্রোণমন্বগাম্ ॥৩৩॥
যৌধিষ্ঠিরাণ্যনীকানি প্রহরন্তি ততস্ততঃ । নানাবিধান্যনীকানি পুত্রাণাং তব ভারত ।
অর্জ্জুনো ব্যধমৎ কালে দিবীবাভ্রাণি মারুতঃ ॥৩৪॥
তং বাসবমিবায়ান্তং ভূরিবর্ষং শরৌঘিণম্ । মহেষ্বাসা নরব্যাঘ্রা নোগ্রং কেচিদবারয়ন্ ॥৩৫॥
তে হন্যমানাঃ পার্থেন ত্বদীয়া ব্যথিতা ভৃশম্ । স্বানেব বহবো জঘ্নুর্বিদ্রবন্তস্ততস্ততঃ ॥৩৬॥
তেঽর্জ্জুনেন শরা মুক্তাঃ কঙ্কপত্রাস্তনুচ্ছিদঃ । শলভা ইব সংপেতুঃ সংবৃণ্বানা দিশো দশ ॥৩৭॥
তুরঙ্গং রথিনং নাগং পদাতিমপি মারিষ । বিনির্ভিদ্য ক্ষিতিং জগ্মুর্বল্মীকমিব পন্নগাঃ ॥৩৮॥

---

মহারাজ । তংথাই অমনা চেন্‌খিহুনা দ্রোণগী আশ্রয় লৌখি । তংথাই অমনা চেন্‌খিহুনা দুর্য্যোধনগী মকম্‌দা আশ্রয় লৌখি ॥৩০॥

মতম্ অহুদা উফুলগী মপৈ মপৈনা নোংমদোন্ খেৎনা পাইখৎলকই । পুম্নম্ মম্‌থ্রে, উফুম্না লাম্মী মপৈহু পুমক্রুপ্ কুপথ্রে । অর্জ্জুনগী মশক্ অহু উবা ফংখিদ্রে । গাণ্ডীবগী মখোন্দি মরক মরক্তা তারি ॥৩১॥ পুংশেল যন্ত্র মোইবুংনাচিংবগী মখোল্ পুম্বা নমহত্তুনা গাণ্ডীবগী মখোল্লা নোংমদোনয়োনা কাখৎলকলি ॥৩২॥ তেঙ্গোলগী মথা মায়গৈগী লাল অসি অঙকপা ফংনা শোক্লখি । অর্জ্জুনগী অঙকপা, কজরবা লালশোক্লা অহু উবা ফংখি । অচবু অয়েংবা ঐখোয় দ্রোণগী মতুংলোমদা থুগ্‌তুনা লৈ ॥৩৩॥ ভরতনন্দন, মহারাজ । অমরোম্‌দা যুধিষ্ঠিরগী লাম্মীশিংনা নচাইবুঙোশিংগী লাম্মী মপৈবু নৈবা হৌরকলি । গুংশিংনা নোংগী মপৈ মপৈবু তাম্থোক হুমদোকখিবহুক্তুম্না অর্জ্জুননা কৌরব লাম্মী মপৈবু হুম্‌দোকলকলি ॥৩৪॥ নোংমরী লিশিং লিশিংবু চুথংল্লকপা ইন্দ্রগী মতোঙুম্বা অকিবগী মশক্ পুরবা অর্জ্জুননা তেন্না নোংচুবগুম্ হৈথয়ক্লবদা, কৌরব মপৈগী মমুংদা কনাগুম্বা অমতনা অর্জ্জুনবু থিংবা, অর্জ্জুনগী মাঙদা লেপ্পা ঙম্‌খিদ্রে ॥৩৫॥ অর্জ্জুননা অশুম্ হাচ্ছিন্নকুলবহুদা, কৌরব লাম্মীশিং অহুনা অর্জ্জুনগী চৈনা থাঙবা ঙমদহুনা, চেম্বোক্লখিহুনা মখোয়গী মীচঙ লাম্মীশিংবু চোংশিন্ চোংশিন্দুনা হাৎপা হৌরকলে ॥৩৬॥ অর্জ্জুননা কাপলকপা, য়েন্দুনা তেন্না তেথৈ পানবা হকচাংবু কাউদ্রুৎ কাওহনবা ঙম্বা, তেনশিং অহুনা মপৈ মপৈ কৌঙেং হায়ো পাইবগুম্ মায়কৈ তয়াদগী কৌরবলাম্মী মথক্তা পাইখৎলকলে ॥৩৭॥ ঈকায় খুম্নবগীমশক ওইরবা মহারাজ । লিন্না লৈশৌগী মথুক্তা চঙশিন্‌খিবগুম্ অর্জ্জুনগী তেনশিং অহুনা শগোল, শায়ু, রথী, খোঙমীশিংগী মশামশাদা চঙশিন্ চঙশিনখিহুনা হকচাংগী

ন চ দ্বিতীয়ং ব্যসৃজৎ কুঞ্জরাশ্বনরেষু সঃ। পৃথগেকশরারুগ্ণা নিপেতুস্তে গতাসবঃ ॥৩৯॥
হতৈর্মনুষ্যৈর্দ্বিরদৈশ্চ সর্বতঃ শরাভিপন্নৈশ্চ হয়ৈর্নিপাতিতৈঃ।
তদা শ্বগোমায়ুবলাভিনাদিতং বিচিত্রমায়োধশিরো বভুব তৎ ॥৪০॥
পিতা সুতং ত্যজতি সুহৃদ্বরং সুহৃৎস্তথৈব পুত্রঃ পিতরং শরাতুরঃ।
স্বরক্ষণে কৃতমতয়স্তদা জনাস্ত্যজন্তি বাহানপি পার্থপীড়িতাঃ ॥৪১॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্বণি
সংশপ্তকবধে অর্জ্জুনপরাক্রমে অষ্টাবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

রাংমা রাংমদা কাওদোকখিহুনা লালকম্ লৈন্নুংদা মশক্ উদমখৈ চঙশিন্খি ॥৩৮॥ অর্জ্জুননা শগোল্ শাম্ন রথীশিং অগ্নদা অনীরক্ হন্না কাপ্তে। অমুক অমুক্ কাপ্নদা, মখোয় অহু মথ্বাই য়াওদনা তোঙাল্ তোঙন্না লৈমায়থক্ত তুথখি ॥৩৯॥ শিরবা, মশাদা তেন্না চপচপ য়ুংলবা, মী, শগোল, শামুশিং অহুনা খুরক হাঙদনা তারক্লবদা লালকম্ অহু অকিবগী মশক্ পুথ্রে হুই, লমহুই, কাকনচিংবা শাহিংচাবা শা উচেক্শিংনা খোং খোংহুনা পাইথরকলে ॥৪০॥ তেল চৈনানা ক'ললবা মপানা মচাবু মরূপা মরূপপু, মচানা মপাবু থাদোক্লম্হুনা চেন্নরকলে। অর্জ্জুনগী তেন্না পান্বদা মথ্বাই হিংননবা লান্মীশিং অহু মাগী মাগী শাদোং রথনচিংবদগী চোংথ চোংথহুনা চেন্নরকলে ॥৪১॥

মকম্ অসিদা, শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনালেংবা সংহিতাদা, দ্রোণপর্ব্বদা, সংশপ্তকবধগী মনুংদা অর্জ্জুনপরাক্রমগী কুন্নিপাল্শুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## উনত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

### কুন্‌মাপন্‌গুবা অধ্যায়

( দ্রোণপর্ব্বগী অকন্‌বা লাল্ )

—:( * ):—

**ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।**

তেষনীকেষু ভগ্নেষু পাণ্ডুপুত্রেণ সঞ্জয়। । চলিতানাং দ্রুতানাঞ্চ কথমাসীন্মনো হি বঃ ॥১॥
অনীকানাং প্রভগ্নানামবস্থানমপশ্যতাম্। দুষ্করং প্রতিসন্ধানং তন্মমাচক্ষ্ব, সঞ্জয়! ॥২॥

**সঞ্জয় উবাচ।**

তথাপি তব পুত্রস্য প্রিয়কামা বিশাংপতে। । যশঃ প্রবীরা লোকেষু রক্ষন্তো দ্রোণমন্বয়ুঃ ॥৩॥
সমুদ্যতেষু শস্ত্রেষু সংপ্রাপ্তে চ যুধিষ্ঠিরে। অকুর্বন্নার্য্যকর্ম্মাণি ভৈরবে সত্যভীতবৎ ॥৪॥
অন্তরং ভীমসেনস্য প্রাপতন্নমিতৌজসঃ। সাত্যকেশ্চৈব বীরস্য ধৃষ্টদ্যুম্নস্য বা বিভো! ॥৫॥
দ্রোণং দ্রোণমিতি ক্রূরাঃ পাঞ্চালাঃ সমচোদয়ন্। মা দ্রোণমিতি পুত্রাস্তে কুরূন্ সর্ব্বানচোদয়ন্ ॥৬॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়! অর্জ্জুননা মতৌ অসুম্না ঐখোয়গী লাম্মী মপৈবু চাইখাইরক্লবদা অদুগা মী অয়াম্বনা চেন্নথ্রবদা, অউবা নখোয়গী নপুক্লীংহ মতম্ অদুদা কম্‌দৌখি? ॥১॥ লাম্মীশিং অদুনা কায়দুনা চেন্নবা হৌথ্রবদা মখোয়বু অমুক্ খোম্‌জিন্‌বদো অরুবা থবক অমনি। করে, অদু মঙায়রে, সঞ্জয়! মথা অমুক তম্‌থো, তাসি ॥২॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! লাম্মীশিংনা কায়দুনা চেন্নথ্রবদা নচাঈবুঙোশিংবু নুংশিরিবা, অকবক্ত শিরকাও তৌগে খল্লিবা, মকোক্ মকোক ওইবা অকন্‌বশিংনা জগত্তা লেঙদবা মিংচৎপু থনম্‌গে খন্দুনা লান্দগী চেন্দনা, দ্রোণাচার্য্যগী মতুং ইন্নখি। দ্রোণবু থক্ থাদোকখিদে ॥৩॥ য়েক্লবলাম্মীশিংনা খুৎলায় পায়খৎনরক্লবা যুধিষ্ঠিরনসু চঙশিল্লক্লবা মতম্ অদুদা অকিবা মিপাইবনচিংবগী মতম্‌দি ওইরে হায়ববু, অকন্‌বশিং অদুনা অকন্‌বগী মতৌগুম্ মাগী মাগী মখোদি অতুম্ মতৌন্নি ॥৪॥ মহারাজ! ওম্‌থৈ লৈতনা কল্লনা, ভীমসেন, সাত্যকি অমদি ধৃষ্টদ্যুম্নগী অহোবা-কিভম্ তাউনা লৈবদু হেক হেক উবদা কৌরবলাম্মীশিংনা পাণ্ডবলাম্মীশিংগী মথক্তা আক্রমণ তৌশিল্লকই ॥৫॥ "দ্রোণ হাৎলু" "দ্রোণ হাৎলু" হায়রবা খোল্লাউ অসিত্তা লাউর লাউরদুনা পাঞ্চালশিংনা লাম্মী মপৈ মপৈবু

ততোঽভিমন্যুস্তাং বাচং কদর্থীকৃত্য সারথেঃ। যাহীত্যেবাব্রবীদেনং দ্রোণানীকায় মা চিরম্ ॥৮॥
ততঃ সম্বোদয়ামাস হয়ানাশু ত্রিহায়নান্। নাতিহৃষ্টমনাঃ সূতো হেমভাণ্ডপরিচ্ছদান্ ॥৯॥
তে প্রেষিতাঃ সুমিত্রেণ দ্রোণানীকায় বাজিনঃ। দ্রোণমভ্যদ্রবন্ রাজন্! মহাবেগপরাক্রমাঃ ॥১০॥
তমুদীক্ষ্য তথায়ান্তং সর্ব্বে দ্রোণপুরোগমাঃ। অভ্যবর্ত্তন্ত কৌরব্যাঃ পাণ্ডবাশ্চ তমন্বয়ুঃ ॥১১
স কর্ণিকারপ্রবরোচ্ছ্রিতধ্বজঃ সুবর্ণবর্ম্মার্জ্জুনিরর্জ্জুনাবরঃ।
যুযুৎসয়া দ্রোণমুখান্ মহারথান্ সমাসদৎ সিংহশিশুর্যথা দ্বিপান্ ॥১২।
তে বিংশতিপদে যত্তাঃ সম্প্রহারং প্রচক্রিরে। আসীদ্গাঙ্গ ইবাবর্ত্তো মুহূর্ত্তমুদধাবিব ॥১৩॥
শূরাণাং যুধ্যমানানাং নিঘ্নতামিতরেতরম্। সংগ্রামস্তমুলো রাজন্! প্রাবর্ত্তত সুদারুণঃ ॥১৪॥
প্রবর্ত্তমানে সংগ্রামে তস্মিন্নতিভয়ঙ্করে। দ্রোণস্য মিষতো ব্যূহং ভিত্ত্বা প্রাবিশদার্জ্জুনিঃ ॥১৫॥

মপৈসিনা, ঐ ঈথস্তগী শরুক্ তরাতরুকী শরুক্ অমসু কংলোই। অদুগা সারথি। লান্দা জগৎপূর। ওরবা, জগৎবিজয়ী কৃষ্ণ মরু, ঐগী ঈপা অর্জ্জুন হায়বসে অসিমক্ত কন্নিওয়া ঐগী য়েকবা ওইরমৃচুনা ঈমাওদা লেপ্পনবসু ঐ কিদে" ॥৭॥ মতৌ অসুম্না সারথিগী রা অদু থোইনা তারুদনা, অভিমন্যুনা "দ্রোণগী লান্মী মপেরোমদা থুনা য়াঙনা রথ থৌজিল্লু" হায়না সারথিদা হায়রকই ॥৮॥ অদুগী তুংদা অভিমন্যুগী সারথি অদুনা মপুকীংদা নুংঙাইবা লৈতবা, চিংননা, সনা লুপানা লৈতেংলবা, চহী কুম্থুগী অবস্থা য়োরবা শগোলশিং অদু লালুকম্ লোমদা থৌজিল্লকই ॥৯॥ মহারাজ। সুমিত্র কৌবা সারথি অদুনা শগোল অদুদা শাক্লে থারকপদা, থোইদোক্না কল্লবা, য়াঙলবা, মরিল্ লৈরবা শগোল্শিং অদু দ্রোণগী লান্মী মপে অদু তম্না চেল্শিল্লকই ॥১০॥ অভিমন্যুনা অসুম্না চণ্ডশিল্লকপা মতম্সিদা, দ্রোণনচিংবা কৌরবকী লান্মী অকন্বশিংনা অভিমন্যুগী মায়োক্ য়াদুনা, শেম্শাদুনা লৈখি। পাণ্ডবশিং অমদি পাণ্ডবকী লান্মীশিংনসু অভিমন্যুগী মতুং ইন্নরকই ॥১১॥ অভিমন্যুগী রথগী মথক্তা কর্ণিকার কৌবা উনা মখোক্ ওইবা রাংলবা ফিরাল অম য়ুংভি। অভিমন্যুগী মশা অসি সনাহৎলবা য়োৎকী লালুকুপিৎ অমনা কুপশি। মতম্ অসিদা, মপা অর্জ্জুনগা চপ মান্নবা হৈরবা কল্লবা অভিমন্যুনা, লোংশা মচা অমনা শামুলমশা মপেয়োম্দা হোক্চিন্খিবগুম্ মপান্নাইব্রবা কৌরব লান্মী মপেয়োম্দা চণ্ডশিন্খি ॥১২॥ অভিমন্যুনা চণ্ডশিল্লকপসি খোঙ্গাপ কুন্ লোম্দা মঙাইরি,—মতম অদুদা কৌরব লান্মী পূম্নমক্না অভিমন্যুদা খুৎলায় মথল্ মথল্ থাবা তৌরে। মতম্ অদুদা গঙ্গাগী অমগী সমুদ্রগী চাউরবা ইপোম ইরৈ অনীনা থেংজিন্নবগুম্ কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীগী লান্দা মপৈ অনীদু থেংগাইনখি ॥১৩॥ মহারাজ। অসিগী তুংদা অকনবা লান্মীশিং অদুনা অমমগ থানখিন্নরুবা মতমদুদা উবদা ভুজংবা পোক্নবা, অকিবগী মশক্ কংলবা লান্ত্রোঙ অম থোকখ্রে ॥১৪॥ অদুয়ো মাক্ত তম্থিনা, অকিব কংনা শোক্নরুব ওহাক্ লৈরবা মতুংদা অভিমন্যুনা মপাঙল্

তং প্রবিষ্টং বিনিঘ্নন্তং শত্রুসংঘান্ মহাবলম্ । হস্ত্যশ্বরথপত্ত্যোঘাঃ পরিবব্রুরুদায়ুধাঃ ॥১৬॥
নানাবাদিত্রনিনদৈঃ ক্ষ্বেড়িতোৎক্রুষ্টগর্জিতৈঃ হুঙ্কারৈঃ সিংহনাদৈশ্চ তিষ্ঠ তিষ্ঠেতি নিস্বনৈঃ ॥১৭॥
ঘোরৈর্হলহলাশব্দৈর্মা গাস্তিষ্ঠেহি মামিতি । অসাবহমমুত্রেতি প্রবদন্তো মুহুর্মুহুঃ ॥১৮॥
বৃংহিতৈঃ শিঞ্জিতৈর্হাসৈঃ ক্ষুরনেমিস্বনৈরপি । সন্নাদয়ন্তো বসুধামভিদুদ্রুবুরার্জুনিম্ ॥১৯॥ ( বিশেষকম্ )
তেষামাপততাং বীরঃ শীঘ্রযোধী মহাবলঃ । ক্ষিপ্রাস্ত্রো ন্যবধীদ্‌ব্রাতান্ । মর্মজ্ঞো মর্মভেদিভিঃ ॥২০॥
তে হন্যমানা বিবশা নানালিঙ্গৈঃ শিতৈঃ শরৈঃ । অভিপেতুঃ সুবহুশঃ শলভা ইব পাবকম্ ॥২১॥
ততস্তেষাং শরীরৈশ্চ শরীরাবয়বৈশ্চ সঃ । আতস্তার ক্ষিতিং ক্ষিপ্রং কুশৈর্বেদীমিবাধ্বরে ॥২২॥
বদ্ধগোধাঙ্গুলিত্রাণান্ সশরাসনসায়কান্ । সাসিচর্মাঙ্কুশাভীষূন্ সতোমরপরশ্বধান্ ॥২৩॥
সগদায়োগুড়প্রাসান্ সর্ষ্টিতোমরপট্টিশান্ । সভিন্দিপালপরিঘান্ সশক্তিবরকম্পনান্ ॥২৪॥
সপ্রতোদমহাশঙ্খান্ সকুন্তান্ সকচগ্রহান্ । সমুদ্গরক্ষেপণীয়ান্ সপাশপরিঘোপলান্ ॥২৫॥

---

থেক্না দ্রোণগী বেহ্ন অদু নম্‌থেক্তুনা থুগাইদুনা চঙখি ॥১৫॥ অভিমন্যুনা চক্রব্যূহ অদুগী মনুংদা হেক্ চঙশিনখিবা মতম্ অদদা শগোল্ তোংবা শামু তোংবা লান্মীশিংনা, মহারথী—খোঙমীশিংনা মাগী মাগী খুৎলায় পায়খৎনদুনা অভিমন্যুবু পুন্‌কোয় কোয়শিন্নরে ॥১৬॥ মখল্ মখা অয়াম্ব পুংশেল যন্ত্রগী, মীয়াক-মীখিন্‌বা মিপাইবগী, অমমমগ লাউনরকপা—সিংহনাদগী, "ঙাইখো-ঙাইখো লেপ্লু," "চেন্‌গনু-করিগী চেন্নি,"—"ঈমাংদ তুক লেপ্লুদনা," "ঐঙোন্নোমদা চঙশিন্নকউ"—"থাঙজ, -থাঙজ,"—থৎলু-হাৎলু"—অসিনচিংবগী খোঞ্জেম্না, অসিগা লোয়ন লোয়ননা, শগোল্ শামুশিংগী খোংবগী, লীরী খীঙবা কাপ্পগী, রথগী চাকা ময়াম্‌গী নৈপাক্না ক্রেক-ক্রেক তঙবগী খোঞ্জেলগা অমত ওইমিন্নখিদুনা, লাল্‌কম অদু পুম্‌নিন্‌নিম্না কৌরবকী অকন্‌বা লান্মীশিংনা অভিমন্যুগী মথক্তা কন্না আক্রমণ তৌশিন্নকই ॥১৭-১৯॥ মখোয়না চঙশিন্নরুবা মতম্‌সিদা কন্নবা, মখুৎথুরবা, খুৎলৈ থুনা লাল্ শোক্নব হৈবা, খুৎলায়গী তত্ত্ব খঙদ হৈরবা, অভিমন্যুন থখোয় কায়বা-খিনগাইবা য়াবা থৌর থৌরব তেন্না অকনবশিং অসিবু হাৎখি ॥২০॥ অভিমন্যুনা, মখোয় অম্‌য়া থৌর থৌরবা তেলগী মপৈ মপৈনা থাজিল্-হাক্তিন্নরবসু, হাৎলি-পি হাৎবা খঙদনা, মৈয়ানবীশিংনা মৈনুংদা চোংশিল্-চোংশিন্নুনা মথ্যাই থাবঙম, অকনবশিং অদুনা অভিমন্যুগী মশক পুরবা মৈনুংদা চোংশিল্ চোংশিন্নুনা মথ্যাই থারি ॥২১॥ মতম অদুগা, যাজ্ঞিক ব্রাহ্মণশিংনা বেদি মথক্ত কুশ মনানা পুম্‌থন থম থাবদুগুম্না, অভিমন্যুনা লান্মিশিং অদুগী অশিব মশাশিংদুনা. লালকম্ অদু খুমক্‌হাঙদনা পুম্‌থন্ থম্না থাখি ॥২২॥ মহারাজ ! অসিগী 'কুপ্পা, খুথাঙ, লীকং, তেল, থাঙশাং, চুজোয়, শামু কাঞী মানবা খুৎলায়, শামুক্যু জী, শগোল্‌চুপ্‌লী, শাঙ অতেনবা ( খুত্রী ), লীচজং, গদা য়োত্থুম, য়োটেম্নি, থাব্রপাক, য়োম্নক, নুম্নক, তা, শাটেন্নি, অচৌ অচৌবা মোইবুং, শঙ্খীন, উপী শদা, অমলাং, থৌরী, নৌমান্নবা তা, য়োম্নকী

সকেয়ূরাঙ্গদান্ বাহূন্ হৃদ্যগন্ধানুলেপনান্ । সংচিচ্ছেদার্জ্জুনিস্ত্বাংস্তদীয়ানাং সহস্রশঃ ॥২৬॥
(কলাপকম্)

তৈঃ স্ফুরদ্ভির্মহাবাহো । শুশুভে ভূঃ সুলোহিতৈঃ । পঞ্চাস্যৈঃ পন্নগৈশ্ছিন্নৈর্গরুড়েনেব মারিষ । ॥২৭॥

সুনাসাননকেশান্তৈরব্রণৈশ্চারুকুণ্ডলৈঃ । সন্দষ্টৌষ্ঠপুটৈঃ ক্রোধাৎ ক্ষরদ্ভিঃ শোণিতং বহু ॥২৮॥
চারুস্রগুমুকুটোষ্ণীষৈর্মণিরত্নবিভূষিতৈঃ । বিনালনলিনাকারৈর্দিবাকরশশিপ্রভৈঃ ॥২৯॥
হিতপ্রিয়ংবদৈঃ কালে বহুভিঃ পুণ্যগন্ধিভিঃ । দ্বিষচ্ছিরোভিঃ পৃথিবীমবতস্তার ফাল্গুনিঃ ॥৩০। (বিশেষকম্)
গন্ধর্ব্বনগরাকারান্ বিধিবৎ কল্পিতান্ রথান্ । বীষামুখান্ বিত্রিবেণূন্ ন্যস্তদণ্ডকবন্ধুরান্ ॥৩১॥
বিজঙ্ঘাকুবরাংস্তত্র বিনেমীংশ্চ ব্যবানপি । বিচক্রোপস্করোপস্থান্ ভগ্নোপকরণানপি ॥৩২॥
প্রপাতিতোপস্তরণান্ হতযোধান্ সহস্রশঃ । শরৈর্বিশকলীকুর্ব্বন্ দিক্ষু সর্ব্বাস্বদৃশ্যত ॥৩৩॥ (বিশেষকম্)

---

মও' মানবা নু', সনরীক কিয়াম্ লীককাং, তাল-খ্বাংলী ; মনম্ নুংশিরবা চন্দন তৈরবা পান্থোম লিশিং লিশিং··············অসি পুন্নমক অসি চাম চামা লিশিং লিশিং না থুজীং ওইদুনা, অভিমন্যুনা ককথৎলক্লে ॥২৩-২৬॥ ঈকায থুম্নবগী মশক ওইরবা মহারাজ! গরুড়না পাইশিল্ পাইশিল্লক্লনা মচীন্না তুহৎলরবদা ঈহং নাইহং শারবা, মমায়-মচীন মঙা লোঙবা লিলশিংগী মতৌগুম্বা, ঈহং নাইহং শারবা খুংশা মঙানা তিল্লবা পান্থোমশিং অদুনা লেংলি লেংলি তৌদুনা খুরক হাওদনা তাবদুমক্লা লালুকমগী কঙ্গবা লৈত্তেং অমদুম ওইক্রে ॥২৭॥ অভিমন্যুনা য়েক্লবশিং অদুগী মকোক মপান্থোম্না লালকম্ লৈমায় অদু থম্না কুপ্তুনা থম্ত্রে। ওক-কোকশিং অদুদা য়াওরিবা মায়, নাতোল, নাকোং, শম্জোই ; চায়রুংশিং অদু থোইনা নীঙথিজখি। হোগায় থিনগাইগী থুদম (অথম্) অমতকাও লৈতবা য়াওই। নাকোংশিংদুদা কুণ্ডলনাইন্না লৈত্তেংজি। শাউবগী ময়া ক্রকক্রক চীকপা ওক্ কোক্ কয়া কয়া তারি। হায়রিবশিং অসিদগী ঈনা অতৎ অথম্ নাইদনা শিন্থবা য়াওরি। ওকশম্ ওকশিং অসি, কজকজরব, লৈপরেং, সনকাপ্প লুছপ, কোয়েৎ, মণিমুক্তানা থাম্নবা উরীশেক—অসিনচিংবনা—থোইনা নীঙথিজরি। মখোক খাওজ্রবা, ঈমায়থক্তা তাবা থম্বালগুম্বা, নুমিৎ-থাগুম্না কাহজ্রিবা মায়থোং পুরা কোকশিং অদু থোইনা নীঙথিজখি। য়াঙাঙনা ঙাঙনা ককাখবা কোক ওকশিং অদুনা, ঈতেক তেক্লা, হৈ-লৈগী নুংশিরবা মনমনু লালকম্ অদুদা শন্দোকখি ॥২৮—৩০॥ অমমম্না গন্ধর্ব্বগী বিমানগা মান্নরবা, য়েক্লবশিংগী রথ ময়াম্ অদুবু—মতূপ মতূপ—মতেক মতেকথোক্লা ককথৎ ককথত্তুনা লালুকম্গী মকম্ পুম্বদা অভিমন্যুগী অভিমন্যু ঙাক্লা ওইনা উখি। রথশিং অদুগী, চাকলেন জুরান্ চাকা, অনীগী মখুন্দা কৈবা উ (ধরা), কৈনা য়ুংবা উ অদুম্, য়ুম্বী—অসিনচিংবা মতম্ লৈত্তবদুদা, রথশিং অদু কৈয়েং তুরেং থৌনরকলে। রথশিং অদুগী চাকা, মুঙা, চাকাগী মশা, চাকা অনীগী মরাক্ত কৈরিবা য়োৎকী মথাদা হাপ্পা উ অসিনচিংবা মচাকশিং অদুগা অতৈ অতৈ কুপ্নবা কিয়োয়চিংবা কম্রিমগু রাওনখক্লে ; রথশিং অদুগী মথক্ত তোংলিবা

পুনর্দ্বিপান্ গজারোহান্ বৈজয়ন্ত্যঙ্কুশধ্বজান্ । তূণান্ বর্ম্মাণ্যথো কক্ষ্যা গ্রৈবেয়াংশ্চ সকম্বলান্ ॥৩৪॥
ঘণ্টাঃ শুণ্ডা বিষাণাগ্রান্ ক্ষুরমালাপদানুগান্ । শরৈর্নিশিতধারাগ্রৈঃ শাত্রবাণামশাতয়ৎ ॥৩৫॥ (যুগ্মকম্)
বানায়ুজান্ পার্ব্বতীয়ান্ কাম্বোজানথ বাহ্লিকান্ । স্থিরবালধিকর্ণাক্ষান্ জবনান্ সাধুবাহিনঃ ॥৩৬॥
আরূঢ়ান্ শিক্ষিতৈর্যোধৈঃ শক্তৃষ্টিপ্রাসযোধিভিঃ । বিধ্বস্তচামরমুখান্ বিপ্রবিদ্ধপ্রকীর্ণকান্ ॥৩৭॥
নিরস্তজিহ্বানয়নান্ নিষ্কীর্ণান্ত্রযকৃদ্ঘনান্ । হতারোহাংশ্ছিন্নঘণ্টান্ ক্রব্যাদগণমোদকান্ ।
নিকৃত্তচর্ম্মকবচান্ শকৃন্মূত্রাসৃগাপ্লুতান্ ॥৩৮॥
নিপাতয়ন্নশ্ববরাংস্তাবকান্ স ব্যরোচত । একো বিষ্ণুরিবাচিন্ত্যং কৃত্বা কর্ম্ম সুদুষ্করম্ ॥৩৯॥
( কলাপকম্ )
তথা বিমথিতং তেন চতুরঙ্গবলং মহৎ । যথাঽসুরবলং ঘোরং ত্র্যম্বকেন মহৌজসা ॥৪০॥

---

রথীশিং অহুম্ম ওম্থ ওম্থহুনা শিনরকলে ॥৩১—৩৩॥ কল্লবা অভিমন্যুনা অতোংবা লাম্নীগা লোয়ননা, শামুশিং মপৈ মপৈবু তান্ন তান্ন হাৎলকলে। শামুশিং অহুগী মথক্ত হাপ্লম্বা-থেৎলম্বা, ফিরাল, শামুকাতী, তেন্দোং, লালফুরিৎ, মবুক্ত কাগৎনবা থৌরী, শামুগী মণ্ডকশম্দা মনাতোন্দা শিনবা নপ্লবা লৈতেং কয়া কয়া, মনঙন্দা কৃপ্পনবা কম্বল ( কম্পোর ), শরীক, অককপা মনাতোল, অককপা য়া, সনরীক-লৈপরেং, থাওমচা,—পুম্নমক অসিবু শামুশিং অহুগী খোঙলোয়শিংবু অভিমন্যুনা কককক্তুনা থাদখি ॥৩৪—৩৫॥ অহুগীতুংদা, তা, য়োচৈ, থাওগী লাল্ হৈরবা, শগোলমথক্ত তোংলিবা লাম্নীশিং অহুবু অহুগা, মাগী মাগী অতোংবা লাম্নীশিংবু কজনা পুপুহ্নুনা, চোং-চোংহুনা, জগোঙ্গী শানা শানা চেল্লম্বা, মখোয়গী শুকশম্দা শরীক সনরীরুচিংবা লৈতেং অতৈ অতৈনা নীঙথিরম্বা, বনায়ু—কম্বোজ বাহ্লীকদেশদা পোকপা, চীঙলমদমদা পোকপা শগোলশিং অহুবু মখোয়গীমথক্ত তোংলিবা অশ্বারোহী লাম্নীশিং অহুগা লোয়ননা, অভিমন্যুনা কক্‌ককতুনা থাদখি। মতম অসিদা, লালকম্দা কোয়চেল্ চেন্দুনা, য়েরুবশিংবু, হাৎলবা অভিমন্যু অসি, বিষ্ণুগী মতৌগুম্ন তৌগমদবা থবক তৌহ্ননা থোইদোক্না নীঙথিজখি। মতম্ অসিদা করি করি-গুম্বা শগোলগী মমৈ-মনাকোং মমীৎনা লেঙদনা তাহুনা লৈরি। করি করিগুম্ব শগোলগী চামর অমদি মমায় অহু ঈতত্তুনা হোগায়হুনা তাহুনা লৈরি। করি করিগুম্ব শগোলগী মমীৎ কোত্থোকখ্রি; করি করিগুম্বগীনা খোয়রীলিলশাং, শিংলি নাউরীনা মপান্দা লীথোকয়কু‌না মশাপুম্বহু পুমকুপ কুপলি। করি করিগুম্বা শগোলগী মশাদা কৃপ্পা লাল্‌কি অমদি শাবল্ অহু পুম্‌তৎতত্তুনা তারি। করি করিগুম্বা শগোলগী মশা অহু ঈ-নাই, অমাংবা অমদি হকী ঈশিংনা পুম্‌তৈ তৈরি। পুম্নমক অসিনা শাহিং ওাক্তিং চাবা জীবশিংবু মুংঙাইহল্লি, মথুম্নরাং হৌহল্লি। ॥৩৬—৩৯॥ মমাঙৈদা রুদ্রনা অসুর পুম্নমকপু নৈথাইখিবহুগুম্না, অভিমন্যুনা শগোল্ শামু রথপী লাম্নী অহুগা খোঙমীনা থম্ববা পাকচাউরবা কৌরব ভেল্লোলবু নৈথাইখি ॥৪০॥

কৃত্বা কর্ম্ম রণেঽসহ্যং পরৈরার্জুনিরাহবে। অভিনচ্চ পদাতোঘাংস্ত্বদীয়ানেব ভারত ॥৪১॥
এবমেকেন তাং সেনাং সৌভদ্রেণ শিতৈঃ শরৈঃ। ভৃশং বিপ্রহতাং দৃষ্ট্বা শক্রেণেবাসুরীং চমূম্ ॥৪২॥
ত্বদীয়াস্তব পুত্রাশ্চ বীক্ষমাণা দিশো দশ। সংশুষ্কাস্যাশ্চলন্নেত্রাঃ প্রস্বিন্না রোমহর্ষিণঃ ॥৪৩॥
পলায়নকৃতোৎসাহা নিরুৎসাহা বিষজ্জয়ে। গোত্রনামভিরন্যোন্যং ক্রন্দন্তো জীবিতৈষিণঃ ॥৪৪॥
হতান্ পুত্রান্ পিতৄন্ ভ্রাতৄন্ বন্ধূন্ সম্বন্ধিনস্তথা। প্রাতিষ্ঠন্ত সমুৎসৃজ্য ত্বরয়ন্তো হয়দ্বিপান্ ॥৪৫॥

(কলাপকম্)

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
অভিমন্যুবধে অভিমন্যুপরাক্রমে ত্রয়স্ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥৩॥ *

---

ভরতনন্দন, মহারাজ! অভিমন্যুনা মতৌ অসুম্না কৌরব লান্মীশিংবু ওমথৈ লৈত্তনা নৈহত্ত্ুনা, পুত্তম্দবা মৈচাক্, শীরব ত্তুংদা খোঙমীশিংবু অমুক্ পুম্চাই চাইনা তান্ন তান্ন হাৎপা হৌরকলে ॥৪১॥ মমাঙৈদা ইন্দ্রনা অসুরশিংবু নৈহৎখিবগুম্না অভিমন্যুনা, খোর-খোরবা তেন্না কৌরব লান্মীশিংবু তুম্ন হাৎলকপসি উবদা, মহারাজগী নচা ঈবুঙোশিংনা অহুপা অতৈ অতৈ লান্মীশিংদুনা হন্দোক্তুনা মুন্ন য়েংদুনা, মচীষান্ খ্রক্ খ্রক্ কংদুনা, মমীৎ-মনা ঈথক্ থক্ত্ুনা হুম্মাং-ঈনা পুম্চোৎ চোত্তুনা, মশাদা তুজুংবা পোক্তুনা, থক্ থক্ নীক্না য়েক্লব ওম্গনি হায়বগী আশাপুম্বা থাদোক্তুনা, হিংহৌরগা লোইরে খন্দুনা, লালকম্দগী চেন্থ্রগে খন্দুনা, অমগমগা মশক্ মমিং হায়না লাউনদুনা, মচা-মশু শাগৈ-নাতৈ মরূপ্ মপাং পুম্বা থাদোক্লম্দুনা, মাগী মাগী শগোল শামু রথনচিংবা বাহন বাহনদা থুনা য়াঙনা তোংখৎ কাখৎনদুনা, লালকম্ থাদোকলম্দুনা চেন্নখ্রে ॥৪২—৪৫॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা, সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা, "অভিমন্যুবধ"গী মনুংদা "অভিমন্যু পরাক্রম"গী কুন্থ্রহুম্দোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥ X ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## চতুস্ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

### কুহ্‌্রামরিশুবা অধ্যায়

( অভিমন্যুগী মথৌনা )

—:( * ):—

সঞ্জয় উবাচ।

তাং প্রভগ্নাং চমূং দৃষ্ট্বা সৌভদ্রেণামিতৌজসা। দুর্য্যোধনো ভৃশং ক্রুদ্ধঃ স্বয়ং সৌভদ্রমভ্যগাৎ ॥১॥
ততো রাজানমাবৃত্তং সৌভদ্রং প্রতি সংযুগে। দৃষ্ট্বা দ্রোণোঽব্রবীদ্‌যোধান্ পরীপ্সধ্বং নরাধিপম্ ॥২॥
পুরাভিমন্যুর্লক্ষ্যং নঃ পশ্যতাং হন্তি বীর্য্যবান্। তমাদ্রবত মা ভৈষ্ট ক্ষিপ্রং রক্ষত কৌরবম্ ॥৩॥
ততঃ কৃতাস্ত্রা বলিনঃ সুহৃদো জিতকাশিনঃ। ত্রাস্যমানা ভয়াদ্বীরং পরিবব্রুস্তবাত্মজম্ ॥৪॥
দ্রোণো দ্রৌণিঃ কৃপঃ কর্ণঃ কৃতবর্ম্মা চ সৌবলঃ। বৃহদ্বলো মদ্ররাজো ভূরির্ভূরিশ্রবাঃ শলঃ ॥৫॥
পৌরবো বৃষসেনশ্চ বিসৃজন্তঃ শিতান্ শরান্। সৌভদ্রং শরবর্ষেণ মহতা সমবাকিরন্ ॥৬॥ (যুগ্মকম্)
সম্মোহয়িত্বা তমথ দুর্য্যোধনমমোচয়ন্। আস্যাদ্‌গ্রাসমিবাক্ষিপ্তং মমৃষে নার্জ্জুনাত্মজঃ ॥৭॥
তান্ শরৌঘেণ মহতা সাশ্বসূতান্ মহারথান্। বিমুখীকৃত্য সৌভদ্রঃ সিংহনাদমথানদৎ ॥৮॥

---

**সঞ্জয়না হায় ঃ**—পান্দমন্নীঙভাই লৈতনা কল্লবা অভিমন্যুনা কৌরব লাম্মী পুম্বা হাচ্চিল্লক-পসি উবদা দুর্য্যোধন থোইদোক্লা শাউখিহুনা, মশামক অভিমন্যুরোমদা চেলশিল্লকই ॥১॥ দুর্য্যোধননা অভিমন্যু রোমদা মথন্তু চঙশিনখিবসি উবদা দ্রোণনা কৌরবকী অকনব লাম্মীশিংদা “ময়াম্মা নিংথৌ অসিবু কল্লু” হায়না য়াথং পীরকই ॥২॥ মরম্‌দি অভিমন্যু মথন্তনা ঐখোয় খ্‌াইগী মাঙমক্তদা দুর্য্যোধনবু লায়না হাৎখিবা ঙম্‌গনি। অদুনা ময়াম্‌পুম্বা দুর্য্যোধনগী ভুং ইনবিয়ু, কিবিগনু, দুর্য্যোধনবু থুনা য়াঙনা কল্লনবা হোৎনবিয়ু”—॥৩॥ মহারাজ! দ্রোণগী য়া অসি তাবদা কদ্মৌরবা, হৈরবা, দুর্য্যোধনগী অকবত খল্লবা, লাল ঙম্‌গল্লবা অদুগা অভিমন্যুবুদি থক থকনীঙ্গা কিয়বা কৌরব লাম্মীশিং অদুনা কিনা কিনা, দুর্য্যোধনবু কোয়শিন্দুনা থম্‌খ্রে ॥৪॥ দ্রোণ, অশ্বত্থামা, কৃপ, কর্ণ, কৃতবর্ম্মা, শকুনি বৃহদ্বল, শল্য, ভূরি, ভূরিশ্রবা, শল, পৌরব, বৃষসেন—মখোয়সিনা থৌর-থৌরবা তেন্না অভিমন্যুদা অতৎ অথম লৈতনা কাপ্‌শিল্লক্লুনা অভিমন্যুবু তেম্ভনা পুময়োম্ য়োম্‌হনখ্রে ॥৫--৬॥ মতৌ অসুম্না অভিমন্যুবু পুম্‌ঙম্ ঙম্‌হৎখিদুনা, অভিমন্যুগী খয়াত্ত তারুরবা দুর্য্যোধনবু ময়াম্মা উচিম্নাচিম্না নাম্থোকহনখি। মাদু উবদা অভিমন্যু অসি খাঙজ্রনা লৈবা ঙম্‌লকত্রে ॥৭॥ অদুদগী অভিমন্যুনা, তেল্‌গী মপৈ মপৈবু অতৎ-অথম্ লৈতনা

তস্য নাদং ততঃ শ্রুত্বা সিংহস্যেবামিষৈষিণঃ। নামৃষ্যন্ত সুসংরব্ধাঃ পুনর্দ্রোণমুখা রথাঃ ॥৯॥
ত এনং কোষ্ঠকীকৃত্য রথবংশেন মারিষ। ব্যসৃজন্নিষুজালানি নানালিঙ্গানি সংঘশঃ ॥১০॥
তান্যন্তরীক্ষে চিচ্ছেদ পৌত্রস্তব শিতৈঃ শরৈঃ। তাংশ্চৈব প্রতিবিব্যাধ তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥১১॥
ততস্তে কোপিতাস্তেন শরৈরাশীবিষোপমৈঃ। পরিবব্রুর্জিঘাংসন্তঃ সৌভদ্রমপলায়িনম্ ॥১২॥
সমুদ্রমিব পর্য্যস্তং ত্বদীয়ং তং বলার্ণবম্। দধারৈকোঽর্জুনির্ব্বাণৈর্বেলেব ভরতর্ষভ ! ॥১৩॥
শূরাণাং যুধ্যমানানাং নিঘ্নতামিতরেতরম্। অভিমন্যোঃ পরেষাঞ্চ নাসীৎ কশ্চিৎ পরাঙ্মুখঃ ॥১৪॥
তস্মিংস্তু ঘোরে সংগ্রামে বর্ত্তমানে ভয়ঙ্করে। দুঃসহো নবভির্ব্বাণৈরভিমন্যুমবিধ্যত ॥১৫॥
দুঃশাসনো দ্বাদশভিঃ কৃপঃ শারদ্বতস্ত্রিভিঃ। দ্রোণস্তু সপ্তদশভিঃ শরৈরাশীবিষোপমৈঃ ॥১৬॥
বিবিংশতিস্তু সপ্তত্যা কৃতবর্ম্মা চ সপ্তভিঃ। বৃহদ্বলস্তথাষ্টাভিরশ্বত্থামা চ সপ্তভিঃ ॥১৭॥
ভূরিশ্রবাস্ত্রিভির্ব্বাণৈর্মদ্রেশঃ ষড্ভিরাশুগৈঃ। দ্বাভ্যাং শরাভ্যাং শকুনিস্ত্রিভির্দুর্য্যোধনো নৃপঃ ॥১৮॥
(কলাপকম্)
স তু তান্ প্রতিবিব্যাধ ত্রিভিস্ত্রিভিরজিহ্মগৈঃ। নৃত্যন্নিব মহারাজ ! চাপহস্তঃ প্রতাপবান্ ॥১৯॥
ততোঽভিমন্যুঃ সংক্রুদ্ধস্তাড্যমানস্তবাত্মজৈঃ। বিদর্শয়ন্ বৈ সুমহচ্ছিক্ষৌরসকৃতং বলম্ ॥২০॥

কাপশিল্লক্লূনা অকনবা মহারথীশিং অহুবু মমায় ওন্দুনা চেলহনখি। অহুদগী সিংহনাদ কন্না লাউখি ॥৮॥ শাজিং লান্নবা-খোরাংলবা নোংশাগী মতৌগুম্বা অভিমন্যুগী নোংশাগী খোল্লাউ অহু তাবদা দ্রোণনচিংবা রথীশিং অসি থাওহুনা-তাহুনা লৈবা ওম্মকত্রে ॥৯॥ ঈকায়খুম্মনবগী মশক ওইরবা মহারাজ! মহারথীশিং অসিনা মথল্-মথা অয়াম্বা মমিংগী খুৎলায় অমদি তেল্গী জাৎ জাৎ অসি কাপশিল্লকতুনা, অভিমন্যুগী অকোয়বদা লেপ্পরে ॥১০॥ অভিমন্যুনা তেল ময়াম্ অহুবু নোংমদোম্বক্মক্তদা লোইনা ককথল্লূনা লৈমায়থক্তা থাদখি। অহুদগী মহারথীশিং অহুবু মখোয়গী লাম্মীশিংগা লোয়ননা থিংহুনা থম্খি। মাহুমক থোইদোক্লা ওকপা থবক অমা ওইখি ॥১১॥

অসিগী তুংদা, অমুক্, অভিমন্যুনা মহু পুরবা লিজগা মান্নরবা তেল মপৈ মপৈবু রথীশিং অহুদা, কাপ্‌শিল্লক্লবা মতম্হুদা, রথীশিং অসিনা য়াম্না শাউখিহুনা অভিমন্যুবু মহাৎলগে হায়না খন্দুনা, অমুক্, পুমকোয় কোয়শিল্লরে ॥১২॥ ঈপাক্-ঈথকী মতৌগুম্না চঙ্‌শিল্লক্লিবা লাম্মী মপৈ অহুবু অভিমন্যুনা ভেম্বনা খংখিং খিংখি ॥১৩॥ হন্দাক্তি অকন্‌বশিং অহুগী মনুংদা কনাম্ অহুগা অভিমন্যুম্ মমায় লৈনদ্রে ॥১৪॥ মতৌ অসুম্না অকিবগী মশক্ কংলবা লাঞ্জাও অহুনা অসুম্-সুম্ চথবক্লবদা, মহারাজগী নচা ঈবুঙো দুঃসহনা কৌরবা তেল্ মাপন্ন অভিমন্যুদা কন্না থাখি। অহুদগী, দুঃশাসননা মাপল, শরদ্বান্‌গী মচা কৃপাচার্য্যনা অহুম্, দ্রোণনা মহুপুরবা লিল্পা মান্নরবা থোরবা তেল্ হুক্‌তরা, বিবিংশতিনা তরাতরেৎ, ভূরিশ্রবানা অহুম্, শল্যনা তরুক্, শকুনিনা অনী অহুগা দুর্য্যোধননা অহুম্ অভিমন্যুদা থাখ ॥১৫—১৮॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা অভিমন্যুনা মখোয়সিগী অমমম্দা তেল্ অহুম্ অহুম্ কন্ন কন্না থাহুনা মখোয় পুম্নমক্পু থিংহুনা থমখি ॥১৯॥ অহুদগীদি অশ্মক দেশগী নিংথৌশ্না মচানা গরুড় অমদি গুংশিংকী মতৌগুম্

গরুড়ানিলরংহোভির্যন্তুর্বাক্যকরৈর্হয়ৈঃ। দান্তৈরশ্মকদায়াদং ত্বরমাণমবারয়ৎ।
বিব্যাধ চৈনং দশভির্বাণৈস্তিষ্ঠেতি চাব্রবীৎ ॥২১॥ (যুগ্মকম্)

তস্যাভিমন্যুর্দশভির্বাণৈঃ সূতং হয়ং ধ্বজম্। বাহূ ধনুঃ শিরশ্চোর্ব্যাং স্ময়মানোঽভ্যপাতয়ৎ ॥২২॥

ততস্তস্মিন্ হতে বীরে সৌভদ্রেণাশ্মকেশ্বরে। সঞ্চচাল বলং সর্বং পলায়নপরায়ণম্ ॥২৩॥

ততঃ কর্ণঃ কৃপো দ্রোণো দ্রৌণির্গান্ধাররাট্ শলঃ। শল্যো ভূরিশ্রবাঃ ক্রাথঃ সোমদত্তো বিবিংশতিঃ ॥২৪॥

বৃষসেনঃ সুষেণশ্চ কুণ্ডভেদী প্রতর্দ্দনঃ। বৃন্দারকো ললিত্থশ্চ প্রবাহুর্দীর্ঘলোচনঃ।
দুর্য্যোধনশ্চ সংক্রুদ্ধঃ শরবর্ষৈরবাকিরন্ ॥২৫॥ (যুগ্মকম্)

সোঽতিবিদ্ধো মহেষ্বাসৈরভিমন্যুরজিহ্মগৈঃ। শরমাদত্ত কর্ণায় বর্ম্মকায়াবভেদিনম্ ॥২৬॥

তস্য ভিত্ত্বা তনুত্রাণং দেহং নির্ভিদ্য চাশুগঃ। প্রাবিশদ্ধরণীং বেগাদ্বল্মীকমিব পন্নগঃ ॥২৭॥

স তেনাতিপ্রহারেণ ব্যথিতো বিহ্বলন্নিব। সঞ্চচাল রণে কর্ণঃ ক্ষিতিকম্পে যথাঽচলঃ ॥২৮॥

তথান্যৈর্নিশিতৈর্বাণৈঃ সুষেণং দীর্ঘলোচনম্। কুণ্ডভেদিঞ্চ সংক্রুদ্ধস্ত্রিভিস্ত্রীনবধীদ্বলী ॥২৯॥

---

য়াঙ্‌লবা, সারথিগী ঈঙ্গিত মতুংইন্না চেন্‌শিল্লকপা, মহৈহৈরবা শগোলশিং অসিনা রথ অহুবু কন্না থৌজিল্লক্লবা মতম্ অগুদা, মহারাজগী নচা ঈবুঙোশিংগী তেন্না পীরকপা চৈনা অহুদা থোইদোক্না শাউগ্রবা অভিমন্যু অসি মশাগী মপাঙ্গল অমদি মহৈ-মথৌনা উত্তুনা, অশ্মক দেশগী নিংথৌগী মচা অসিবু—থিংহুনা থম্‌খি। "লৈরম্মু—খাঙ্ঙু"—হায়রহুনা থৌরবা তেল তরানা মঙোন্দা থাখি ॥২০—২১॥ অহুদগী অভিমন্যুনা মোমোন্ নোক্তুনা তেলতরা কাপ্‌লক্তুনা, অশ্মকরাজপুত্র অহুগী সারথি, শগোল, কিরাল্ মপাম্বোম্ অনী, লীরুং, মঙক্—পুন্নমক্ অসি মথং মথং কক্ কক্তুনা লৈমায়থক্ত তাহনখি ॥২২॥ অভিমন্যুনা কন্নবা অশ্মকরাজকুমার অসিবু থীনা হাৎখিবহু উবদা কৌরব লাশ্মীপুম্বা চেন্‌গদবগী হোৎনরক্লে ॥২৩॥ অহুগী তুংদা, কর্ণ, কৃপ, দ্রোণ, অশ্বত্থামা, শকুনি, শল, শল্য, ভূরিশ্রবা, ক্রাথ, সোমদত্ত, বিবিংশতি, সুষেণ, কুণ্ডভেদী, প্রতর্দ্দন, বৃন্দারক, ললিত্থশ্চ, প্রবাহু, দীর্ঘলোচন অহুগা দুর্য্যোধন—মথোয় অসিনা থোইদোক্না শাউথিহুনা নোংচুবগুম্ কাপ্‌শিল্লকহুনা তেন্তনা অভিমন্যুগী মশাপুম্বা তেন্না পুময়োম্ য়োম্‌খ্রে ॥২৪—২৫॥ মহারথীশিং অহুগী তেন্না শাথিনা চৈনা কংলবা অভিমন্যুনা শাউথিহুনা, কর্ণগী থম্মোয় হক্‌চাং অনীমক্ খিন্‌গাইননবগী মশক্ ওইরবা তেল অমা তেন্দোংদগী শৎখি ॥২৬॥ অভিমন্যুগী লীম্নিদগী পাই-থোরকপা তেল অহুনা কর্ণগী লালফুম্বিৎ অমদি হক্‌চাংবু থিন্‌গাইখিহুনা, লিন্না লৈশোৱুংগী মথুন্দা চঙখিবহুগুম্না, তেল অহু কাওদোকখিহুনা লৈন্নুংদা থুম্না চঙখি ॥২৭॥ অভিমন্যুগী তেল অহুনা পান্‌বদা, কর্ণ অসি, মুহারাবদা চীঙজাওনা নীকপগী মতৌগুম্না, জান তাদনা, ওহাক্তং থক্ থক্ নীক্তুনা খাঙখি ॥২৮॥ অহুম্ তৌম্নিঙৈদা, অভিমন্যুনা থৌরবা তেল অহুম্না, মতম্

কর্ণস্তং পঞ্চবিংশত্যা নারাচানাং সমার্পয়ৎ। অশ্বথামা চ বিংশত্যা কৃতবর্ম্মা চ সপ্তভিঃ ॥৩০॥
স শরাচিতসর্ব্বাঙ্গঃ ক্রুদ্ধঃ শক্রাত্মজাত্মজঃ। বিচরন্ দদৃশে সৈন্যে পাশহস্ত ইবান্তকঃ ॥৩১॥
শল্যঞ্চ শরবর্ষেণ সমীপস্থমবাকিরৎ। উদক্রোশন্মহাবাহুস্তব সৈন্যানি ভীষয়ন্ ॥৩২॥
ততঃ স বিদ্ধোঽস্ত্রবিদা মর্ম্মভিদ্ভিরজিহ্মগৈঃ। শল্যো রাজন্! রথোপস্থে নিষসাদ মুমোহ চ ॥৩৩॥
তং হি দৃষ্ট্বা তথা বিদ্ধং সৌভদ্রেণ যশস্বিনা। সংপ্রাদ্রবচ্চমূঃ সর্ব্বা ভারদ্বাজস্য পশ্যতঃ ॥৩৪॥
সংপ্রেক্ষ্য তং মহাবাহুং রুক্মপুঙ্খৈঃ সমাবৃতম্। ত্বদীয়াঃ প্রপলায়ন্তে মৃগাঃ সিংহার্দ্দিতা ইব ॥৫॥
স তু রণযশসাভিপূজ্যমানঃ পিতৃ-সুর-চারণ-যক্ষ-সিদ্ধ-সংঘৈঃ।
অবনিতলগতৈশ্চ ভূতসংঘৈরতিবিবভৌ হুতভুগ্‌যথাজ্যসিক্তঃ ॥৩৬॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
অভিমন্যুবধে অভিমন্যুপরাক্রমে চতুস্ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

অমত্তদা সুষেণ দীর্ঘলোচন কুণ্ডভেদী হায়রিবা অকনবা অহুম্ অসিবু হাৎখি ॥২৯॥ মতম্ অদুদা কর্ণনা য়েন্তুম্ মচীন শাবা তেল কুম্নঙা, অশ্বথামানা কুন, কৃতবর্ম্মানা তরেৎ, অভিমন্যুদা কম থাখি ॥৩০॥ তেম্না মশা পুময়োম্ য়োন্নবা অভিমন্যুনা, য়েক্কব লান্মী মরক্তুদা কোয়চেল চেন্দুনা শোক্কবহুমক্কি, মখুত্তা শউন থোরী পান্নবা শাউন্নবা যমরাজগী মতৌঙমখি ॥৩১॥ মপান্থোম কল্লবা অভিমন্যুনা, তেম্ন নোংচুবগুম্ কাপ্‌শিল্লক্তুনা মনাক্তা লৈরবা শল্যবু তেন্তনা পুময়োম্ য়োমখি। কৌরব লান্মীশিংগী থম্মোয়দা অকিবা মিপাইবা পোকহন্দুনা, লাল্লক অদুদা য়াম্না হৌনা সিংহনাদ লাউখি। য়েক্কবশিং অদুবু শীঙনদুনা কৌথোরকই ॥৩২॥ মহারাজ! অসিগী তুংদা শল্য অসি, অভিমন্যুগী তেম্না শাথিনা পানখিদুনা, রথগী মথক্তা কমথদুনা রাম্থখি ॥৩৩॥ অভিমন্যুগী তেম্না পানবদা, শল্যনা রাম্থখিবসি উবদা, কৌরবলান্মী পুম্বা দ্রোণগী মাঙমক্তদা হৌহুনা চেম্নখি ॥৩৪॥ সনানা তেম্না পান্‌বা থোরবা, অভিমন্যুগী তেলগী লাংনা কুপখিবদা কৌরব লান্মীপুম্নমক নোংশানা তানখাইরকপা শজী শঙাইগী মপৈঙম্ মকম্ মরাং খঙদনা চেম্নরকলে ॥৩৫॥ মতম্ অদুদা, নোংমদোম্থক্তা কৃষ্ণ য়েংলিবা পিতৃলোকশিং সিদ্ধসাধ্য গন্ধর্ব্বচারণশিংনা, মর্ত্ত্যলোকত লৈবা অতৌবশিংনস্থ অভিমন্যুগী মথৌনা, লান্দ-হৈশিংবা অমদি মপাঙ্গলদু উবদা থম্নাই হকচাং অমত ওইনা অভিমন্যুবু বাথান তৌখি। মতম্ অদুদা, অভিমন্যু অসি ঘী হৈজিল্লবা মৈমিগী মতৌঙুম্না মতীক মগুণ মশেক্না পুমঙাল ঙানখি ॥৩৬॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যুবধগী মফুংদা অভিমন্যু পরাক্রমগী কুন্থ রামরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

# শ্রীমহাভারতম্

## পঞ্চত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

### নিফুমগুশুবা অধ্যায়

( অভিমন্যু বধগী মনুংদা দুঃশাসনগী লাল্ )

———:※:———

**ধৃতরাষ্ট্র উবাচ ।**

তথা প্রমথমানং তং মহেষ্বাসানজিহ্মগৈঃ । আর্জ্জুনিং মামকাঃ সংখ্যে কে ত্বেনং সমবারয়ন্ ॥১॥

**সঞ্জয় উবাচ**

শৃণু রাজন্ ! কুমারস্য রণে বিক্রীড়িতং মহৎ । বিভিৎসতো রথানীকং ভারদ্বাজেন রক্ষিতম্ ॥২॥
মদ্রেশং সাদিতং দৃষ্ট্বা সৌভদ্রেণাশুগৈ রণে । শল্যাদবরজঃ ক্রুদ্ধঃ কিরন্ বাণান্ সমভ্যযাৎ ॥৩॥
স বিদ্ধা দশভির্ব্বাণৈঃ সাশ্বযন্তারমার্জ্জুনিম্ । উদক্রোশন্মহাশব্দং তিষ্ঠ তিষ্ঠেতি চাব্রবীৎ ॥৪॥
তস্যার্জ্জুনিঃ শিরোগ্রীবং পাণিপাদং ধনুর্হয়ান্ । ছত্রং ধ্বজং নিয়ন্তারং ত্রিবেণুঞ্চাপ্যপাতয়ৎ ॥৫॥
চক্রে যুগঞ্চ তূণীরং হ্যনুকর্ষঞ্চ সায়কৈঃ । পতাকাং চক্রগোপ্তারৌ সর্ব্বোপকরণানি চ ॥৬॥

---

**ধৃতরাষ্ট্রনা হায় :—** সঞ্জয় ! মহারথী ওইরবা কল্লবা কৌরবলাম্মীশিং অসিবু অভিমন্যু মথন্তনা নৈখাইরক্লবা মতম্‌সদা ঐখোয়গী পক্ষগী করম্বা অকনবনা মহাকপু লৈংখিবগে ॥১॥

**সঞ্জয়না হায় :—** মহারাজ ! পাখং মচা ওইরিবা কল্লবা অভিমন্যুনা দ্রোণাচার্য্যনা ঙাক্লিবা চক্রব্যুহগী মওংদা লৈরিবা লাম্মী তেঙ্গোল মপৈ অহুবু পুমথু থুগাইরগে হায়না থন্দুনা, লাল্লক্তা জগোইশাবগুম্ কোযচেলচেন্দুনা শোক্লরকপগী মতাং অসি পুক্লিং চঙনা তাবিয়ু ॥২॥ অভিমন্যুনা তেন্তনা শল্যবু শাখিন চৈনাপীহনা রাস্থহন্‌খিবসি উবদা শল্যগী মনাওনিপা অসিনা য়ামনা শাউখিহনা অতৎঅথম্ লৈতনা কাপ্‌শিন্-কাপ্‌শিন্দুনা অভিমন্যু তয়া কুপ্‌জল্লকই ॥৩॥ মহাকনা খৌরবা .তল তরানা, শগোলসারথিগা লোযননা অভিমন্যুদা থারগা, খোঙ্গেল হোৌনা "লৈরম্মু লৈরম্মু—খাঙঙ" হায়না হুয়া চয়া লাউরকই ॥৪॥ মতম্ অদদা মখুংথুরবা অভিমন্যুনা তেন্না, মহাক্কী মকোক্, মঙকশম্, মখোঙ মখুং, লীক্লং শগোল, ছত্র, কিয়াল, সারথি, রথগীচাকলেন্ খুংলায় থক্ষম্-চাকা, জুরান্, তেন্দোং, চাকাবু ঙাক্লিবা মচাং অনী-অসি মম্ভবা লাজগী খুংগু খুংলায় পুম্বা অমুক্তদা শোয়দংখি । অসুম্না শল্যগী মনাও অসিনা পুম্‌তোয় জোইনা, অম্মা মচেৎ মচেৎ ওইনা লৈমায়থক্তা তারকপসিদা, কনা অমম্ভনা মহাকপু মীনি হায়বা কাওবা ঙম্বা ঙম্‌খিদ্রে । মকিময়োল লৈকেং পুম্বা উকুলমরীক্ অমমমুক্তম্ পুথচাই চাউহনা তাম্বি ।

লঘুহস্তঃ প্রচিচ্ছেদ সভূশে তং স কঙ্কম। স পপাত ক্ষিতৌ ক্ষীণঃ প্রবিদ্ধাভরণাম্বরঃ ॥৭॥
বায়ুনেব মহাচৈত্যঃ সমূলং চিত্রবেদিকঃ। অনুগাস্তস্য বিত্রস্তাঃ প্রাদ্রবন্ সর্ব্বতো দিশঃ ॥৮॥
( কলাপকম্ )

আর্জ্জুনেঃ কর্ম্ম তদ্দৃষ্ট্বা সংপ্রণেদুঃ সমন্ততঃ। নাদেন সর্ব্বভূতানি সাধু সাধ্বিতি ভারত ! ॥৯॥
শল্যভ্রাতর্য্যথারুগ্‌ণে বহুশস্তস্য সৈনিকাঃ। কুলাধিবাসনামানি শ্রাবয়ন্তোঽর্জ্জুনাত্মজম্ ॥১০॥
অভ্যধাবন্ত সংক্রুদ্ধা বিবিধায়ুধপাণয়ঃ। রথৈরশ্বৈর্গজৈশ্চান্যে পত্তিশ্চান্যে বলোৎকটাঃ ॥১১॥
বাণশব্দেন মহতা রথনেমিস্বনেন চ। হুঙ্কারৈঃ ক্ষ্বেড়িতোৎক্রুষ্টৈঃ সিংহনাদৈঃ সগর্জ্জিতৈঃ ॥১২॥
জ্যাতলত্রস্বনৈরন্যে গর্জ্জন্তোঽর্জ্জুননন্দনম্। ব্রুবন্তশ্চ ন নো জীবন্মোক্ষ্যসে জীবিতাদিতি ॥১৩॥
( কলাপকম্ )

তাংস্তথা ব্রুবতো দৃষ্ট্বা সৌভদ্রঃ প্রহসন্নিব। যো যোঽস্মৈ প্রাহরৎ পূর্ব্বং তং তং বিব্যাধ পত্রিভিঃ ॥১৪॥
সন্দর্শয়িষ্যন্নস্ত্রাণি বিচিত্রাণি লঘূনি চ। আর্জ্জুনিঃ সমরে শূরো মৃদুপূর্ব্বমযুধ্যত ॥১৫॥
বাসুদেবাদুপাত্তং যদস্ত্রং যচ্চ ধনঞ্জয়াৎ। অদর্শয়ত তৎ কার্ষ্ণিঃ কৃষ্ণাভ্যামবিশেষবৎ ॥১৬॥

---

কল্লব। নোংমুংশিংনা মরুকংনা ফুক্তোক্লগ', মনামশা অমত্ত মকমুময়াং থগুহন্দনা লৈমায়থক্ত। তাহন্বা উত্নাও অমগী মতৌগুম্না, শল্যগী মনাওঅসি শিংগুপ্‌শানা রথ মথক্তগী লৈমায়থক্ত তাখি। অতুদগীদি মহাক্কী খোঙলোয়লাম্মী পুম্বা কিবনা থকৃথক্ নীক্তুনা মায়কৈময়িকাংনা চেয়খ্রে ॥৫—৮॥ ভরতনন্দন! অভিমন্যুগী থোঁদৌ অসি উবদা, মায়কৈপুম্বদগী লাউনরকপা "কজেকজে! মতীকচায়! অর্জ্জুনগী মচা!"-অসিগুম্বা রাহৈসিনা মায়কৈ পুম্বা পুম্নিন নিন্‌খি ॥৯॥ শল্যগী মনাওবু মতৌঅসুম্না চাংখিবাস উবদা, শাউরবা লৈহৌন্নিব। খোঙলোয়লাম্মীশিং অতুনা মাগী মাগী মমিং মথা হায়হায়দুনা, লাউলাউগুনা অভিমন্যু তম্না চেলশিন্নকলে ॥১০॥ লীরী থীঙ্‌বা, তেল্‌কাপ্লগী হৌরবা খোগ্গেল, অমগমগ লাউনরকপা শীঙ্‌নরকপগী মরোলমরি থগুদবা খোগ্গেল, সিংহনাদ লাউনরকপগী খোগ্গেল লীমীগা থুথাঙগা তক্লবগী মখোল-পুম্নমক্ অসিগী মরক্ মরক্তা "হিংন-হিংনদি নং ঐগী থুত্তগী নাম্থোকপা য়াররোই"—"নথ্‌ইগা নংগা তসি কায়নরবনি থগুগু"—অসিনচিংবা রাহৈনা লাউর লাউরদুনা, কনা কনাগুম্বনা রথদা, কনা কনাগুম্বনা শগোলশামুমথক্তা, কনা কনাগুম্বনা মখোঙনা, অভিমন্যু তম্না চেল্‌শিন্নকলে ॥১১—১৩॥ অসুম্না লাউর লাউরদুনা চঙশিন্নক্লিবা মখোয়বু উবদা অভিমন্যুনা করিমত কিবিদনা নোক্‌মি নোক্‌মি তৌদুনা মখোয়গী মশাদা মীপুম্ থীংনা তেম্না অতৎ অথম্ লৈতনা কয় কয় পারকই ॥১৪॥ অকনব অভিমন্যুনা মখোয়বু কিবদি লাররগুনা, মহাক্কী লান্দাহৈবা, মথুৎথুবা, খুৎলায় মথল মথল হৈথদ্র উৎকে হায়রবগীদমক কুপৈ গুইনা তপ্পা তপ্পা শোক্লমক্লি ॥১৫॥ অভিমন্যুনা মপাবুং অর্জ্জুনদগী অমগা মামা ঈবুঙো কৃষ্ণদগী হেক্ তমখিবা খুৎলায়গী বিত্তামথৈ, মখোয় অনীগা

ধুন্বতস্তস্য তং তাবৎ শাব্দকে পুনঃ পুনঃ। সংদধদ্বিসৃজংশ্চৈব ন নির্দিশ্যেত কৃষ্ণত ॥১৭॥
চাপমণ্ডলমেবাস্য বিস্ফুরদ্দিক্ষুদৃশ্যত। সুদীপ্তস্য শরৎকালে সবিতুর্মণ্ডলং যথা ॥১৮॥
জ্যাশব্দঃ শুশ্রুবে তস্য তলশব্দশ্চ দারুণঃ। মহাশনিমুচঃ কালে পয়োদস্যেব নিস্বনঃ ॥১৯॥
হ্রীমানমর্ষী সৌভদ্রো মানকৃৎ প্রিয়দর্শনঃ। সংমিমানয়িষুর্বীরানিম্বস্ত্রেণাপ্যযুধ্যত ॥২০॥
মৃদুর্ভূত্বা মহারাজ। দারুণঃ সমপদ্যত। বর্ষাভ্যতীতো ভগবান্ শরদীব দিবাকরঃ ॥২১॥
শরান্ বিচিত্রান্ সুবহূন্ রুক্মপুঙ্খান্ শিলাশিতান্। মুমোচ শতশঃ ক্রুদ্ধো গভস্তীনিব ভাস্করঃ ॥২২॥
ক্ষুরপ্রৈর্বৎসদন্তৈশ্চ বিপাঠৈশ্চ মহাযশাঃ। নারাচৈরর্দ্ধচন্দ্রাভৈর্ভল্লৈরঞ্জলিকৈরপি ॥২৩॥
অবাকিরদ্রথানীকং ভারদ্বাজস্য পশ্যতঃ। ততস্তৎ সৈন্যমভবদ্বিমুখং শরপীড়িতম্ ॥২৪॥ (যুগ্মকম্)

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

দ্বৈধীভবতি মে চিত্তং হ্রিয়া তুষ্ট্যা চ সঞ্জয়।। মম পুত্রস্য যৎ সৈন্যং সৌভদ্রঃ সমবারয়ৎ ॥২৫॥

---

চপ্ মান্ননা লালকম্‌দা উৎখি ॥১৬॥ অতাং ওইরিবা অভিমন্যুনা, মকোকথোংনা পুম্নিবা মখৌগী ভারপুম্না পুম্ননা, অকি অথত্ত লৈত্তনা, অতৎঅথম লৈত্তনা য়েক্রবশিংদা তেল কাপখি ॥১৭॥ শরৎঋতুগী নুমিৎকী মকোয়ওম্না অভিমন্যুগী উরকক্ক লৈনা কাপ্পকপা তেল মরাগী পাইথোরক্কম্ লীরুংস্ন অপ্পনা থোইনা নীওখিজে ॥১৮॥ বর্ষাগী মতমদা ওংঙকপা নোংগী ন্নুরবা মখোলওম্না অভিমন্যুগী লীরীথীওবগী অমদি কাপথোকপগী ন্নুরবা খোঞ্জেল অহু লালকমগী মকমপুম্বদা তাবা কংখি ॥১৯॥ নত্তবা-ভৌরোইদোবা থবক ভৌবদা ঊকায়খত্তগনবা, মমারবনা লাকচরাদবা শাউগনবা অহল্লমন্ গুরুজনশিংগী মান-মর্য্যাদা খত্তন-কায়দনা চৎপা, কাহেন্ন পাঙ্গনবা, কাহেম্না মশককজবা, উবদা মীনা নুংশিবা, অভিমন্যুনা অকনবা মপা মপলশিং মান (ঈক্কং) তাকে হায়দুনা অতৎ অথম্ লৈত্তনা কাপ্পুনা, চোকথবা লৈত্তনা, য়েক্রবশিংগা মথক্কপা শোক্লখি ॥২০॥

মহারাজ। সূর্য্য ভগবান্‌না, বর্ষাগী মতম্ তেজ হন্ননা, থোংনা য়েত্তনা থোকপা, অদুগা শরৎকী মতমদা তেজ কম্না নোংমদোল্লা থোকপা অম্নওম্না অভিমন্যুস্ন লালকম অহুদা, অমুকস্ন তেজ কম্না লাক্লেংনখি ॥২১॥ নুমিৎনা মীকুপ্ অমগী মনুংদা য়ুথক কম্না কম্না লাম্ন মতাল লিশিং লিশিংবু হাইদোকহল্লকপগুম্না অভিমন্যুনা অমুক অমুক্ত তেল লিশিং লিশিং চামচামবু য়েক্রবশিংগী মথক্ক পাইথোকহল্লকলি ॥২২॥ মিংচৎ চাউরবা অভিমন্যুনা দ্রোণগী মাঙমক্তদা, শরাউ মচাগী ময়াওম্ মচীনপানবা, ক্ষুরগী মতোওম্ থোম্নবা, য়েত্তুম মচীনশাবা, থা মচেৎপাবা, অমদি অঞ্জলিক কৌরবা খুৎলায় মখল মথম্না কৌরব লাম্নীশিংদা থাম্নকপা মতম্‌দা, অকনবা লাম্নী মহারথী পুম্বা নীওহন্নহুনা চেনখি ॥২৩—২৪॥

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়:— সঞ্জয়। ঐগী পক্কী অকনবরথীশিং অহুবু অভিমন্যু মথক্কদা থাম্নবীর পীরে, মমায় ওলহল্লে হায়বসে তাবদা ঐঅসি ঊকায়বগা নুংঙাইবগা অনীমী মরক্তা তারে ॥২৫॥

বিত্রয়েশৈব যে শংস সর্ব্বং গাবল্গনে। পুনঃ। বিক্রীড়িতং কুমারস্য কান্তেবাসুরৈঃ সহ ॥২৬॥

সঞ্জয় উবাচ।

হন্ত তে সম্প্রবক্ষ্যামি বিমর্দ্দমতিদারুণম্। একস্য চ বহূনাঞ্চ যথাসীত্তুমুলো রণঃ ॥২৭॥
অভিমন্যুঃ কৃতোৎসাহঃ কৃতোৎসাহানরিন্দমান্ রথস্থো রথিনঃ সর্ব্বাংস্তাবকানভ্যবর্ত্তত ॥২৮॥
দ্রোণং কর্ণং কৃপং শল্যং দ্রৌণিং ভোজং বৃহদ্বলম্। দুর্য্যোধনং সৌমদত্তিং শকুনিঞ্চ মহাবলম্ ॥২৯॥
নানা নৃপান্ নৃপসুতান্ সৈন্যানি বিবিধানি চ। অলাতচক্রবৎ সর্ব্বাংশ্চরন্ বাণৈঃ সমার্পয়ৎ ॥৩০॥
(যুগ্মকম্)
নিঘ্নন্নমিত্রান্ সৌভদ্রঃ পরমাস্ত্রৈঃ প্রতাপবান্। অদর্শয়ত তেজস্বী দিক্ষু সর্ব্বাসু ভারত। ॥৩১॥
তদ্দৃষ্ট্বা চরিতং তস্য সৌভদ্রস্যামিতৌজসঃ। সমকম্পন্ত সৈন্যানি ত্বদীয়ানি সহস্রশঃ ॥৩২॥
অথাব্রবীন্মহাপ্রাজ্ঞো ভারদ্বাজঃ প্রতাপবান্। হর্ষেণোৎফুল্লনয়নঃ কৃপমাভাষ্য সত্বরম্ ॥৩৩॥
ঘট্টয়ন্নিব মর্ম্মাণি পুত্রস্য তব ভারত।। অভিমন্যুং রণে দৃষ্ট্বা তদা রণবিশারদম্ ॥৩৪॥
(যুগ্মকম্)
এষ গচ্ছতি সৌভদ্রঃ পার্থানামগ্রতো যুবা। নন্দয়ন্ সুহৃদঃ সর্ব্বান্ রাজানঞ্চ যুধিষ্ঠিরম্ ॥৩৫॥

---

করে, অহমঙায়রে সঞ্জয়। অসুরলাগী থিবিকী মরক্তা লাইগী সেনাপতি কার্ত্তিক মথক্তনা শান্নবগুম্ লালশোক্লরকপহৌঙয়া অভিমন্যু মথক্তনা কৌরবরথীশিংগা শান্নবগুম শোক্লরকপগী মরম্ অহ শন্দোক্লা লীথরকউ ॥২৬॥ সঞ্জয়না হায় :—মহারাজ। ওন্থোক্ল তমথিনা শোক্লবলাজগী মতাং অহ লীজগে। অঙাং ওইরিবা অমতগা কয়রবা রথীময়াম্‌গা ওন্থোক্লা শাথিনা, তম্‌থিনা শোক্লবা হৌখ্রে ॥২৭॥ মথিল লৈরবা, কয়রবা, রথীওইরবা অভিমন্যুনা মহারাজগী কয়রবা রথীশিং অহগী মথক্তা তেন্না নোংচুবগুম্ হৈথরক্লে ॥২৮॥ অভিমন্যুনা মৈহোৌরবা মৈহুম অমগী মতৌগুম্‌য়া, লালকমদা অমদগী অমদা কোয়চেল চেন্দুনা, থৌর থৌরবা তেলগী মপেনা দ্রোণ, কর্ণ, কৃপ, শল্য, অশ্বত্থামা, ভোজ, বৃহদ্বল, দুর্য্যোধন, ভূরিশ্রবা, অমদি দেশ দেশগী অকন্ অকন্‌বা লাম্মী নিংথৌশিংবু নৈবা হৌরক্লে ॥২৯—৩০॥

ভরতশাগেগী মুংঙাইননবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ। মতীকমগুণ চাউরবা, মথৌনা মপাজল লৈরবা অভিমন্যুনা কয়কয়বা থৌর থৌরবা খুৎলায় মথল্ মথল্ শীজিন্নদুনা লাল্‌কম্‌গী মায়কৈ অকোয়বদা, যেক্লবমরক্তা মশাগী বিক্তা অমদি মপাজলবু উৎপা হৌরক্লে ॥৩১॥ পান্দম্‌নীঙাই লৈতনা তেজ লৈরবা অভিমন্যুগী মতৌ অমদি লালোং অসি উবদা কৌরবপক্কী অকন্‌ব। রথীলাম্মী পুম্বা থক্ থক্ লীক্লমক্লে ॥৩২॥ ভরতশাগেগী অথোইবা! মতম্ অসিদা থোইদোক্লা শিংলবা, থৌরবা দ্রোণাচার্য্যনা অভিমন্যুবু উবদা, মুংঙাই হৃমাউথিবনা মায়থোংমকায়ায়া, দুর্য্যোধনগী থম্মোয়দা লাংতক্লবগী ঈথক ইপোম হৌহন্দুনা, য়াম তহা তহানা, কৃপাচার্য্যমোন্দা, অন্নিন্দুনা অসুম্না হায়রকই ॥৩৩—৩৪॥ "য়েংঙু, আচার্য্য! শাথং মতা, কয়রবা অভিমন্যু

নকুলং সহদেবঞ্চ ভীমসেনঞ্চ পাণ্ডবম্। বন্ধূন্ সম্বন্ধিনশ্চান্যান্ মধ্যস্থান্ সুহৃদস্তথা ॥৩৬॥

(কুলকম্)

নাস্য যুদ্ধে সমং মন্যে কঞ্চিদন্যং ধনুর্দ্ধরম্। ইচ্ছন্ হন্যাদিমাং সেনাং কিমর্থমপি নেচ্ছতি ॥৩৭॥

দ্রোণস্তু প্রীতিসংযুক্তং শ্রুত্বা বাক্যং তবাত্মজঃ। আর্জ্জুনিং প্রতি সংক্রুদ্ধো দ্রোণং দৃষ্ট্বা স্ময়ন্নিব ॥৩৮॥

অথ দুর্য্যোধনঃ কর্ণমব্রবীদ্বাহ্লিকং কৃপম্। দুঃশাসনং মদ্ররাজং তাংস্তাংশ্চান্যান্ মহারথান্ ॥৩৯॥

সর্ব্বমূর্দ্ধাভিষিক্তানামাচার্য্যো ব্রহ্মবিত্তমঃ। অর্জ্জুনস্য সুতং মূঢ়ং নায়ং হন্তুমিহেচ্ছতি ॥৪০॥

ন হ্যস্য সমরে মুচ্যেদন্তকোঽপ্যাততায়িনঃ। কিমঙ্গ। পুনরেবান্যো মর্ত্ত্যঃ সত্যং ব্রবীমি বঃ ॥৪১॥

অর্জ্জুনস্য সুতং ত্বেষ শিষ্যত্বাদভিরক্ষতি। শিষ্যাঃ পুত্রাশ্চ দয়িতাস্তদপত্যঞ্চ ধর্ম্মিণাম্ ॥৪২॥

সংরক্ষ্যমাণো দ্রোণেন মন্যতে বীর্য্যমাত্মনঃ। আত্মসম্ভাবিতো মূঢ়স্তং প্রমথ্নীত মা চিরম্ ॥৪৩॥

এবমুক্তাস্তু তে রাজ্ঞা সাত্বতীপুত্রমভ্যয়ুঃ। সংরব্ধাস্তে জিঘাংসন্তো ভারদ্বাজস্য পশ্যতঃ ॥৪৪॥

---

ছায়বসিনা কৌরব লাম্মী পুম্ববু জয় তৌরমঙ্গনা, মরূপ, মপাং শাগে নাতৈ পুম্ববু, নিংথৌ যুধিষ্ঠির, ভীম, নকুলসহদেববু অদুগা অতৈ অতৈ অকন্‌বশিংবু সুংঙাইহল্লমঙ্গনা পাণ্ডব লাম্মী তেঙ্গোন্নোম্‌দা হল্লিনখিগদৌরি ॥৩৫—৩৬॥ লালকম্‌দদি অভিমন্যুগুম্বা, লীরুং পায়বা, রথী অকন্‌বা অমতা পুন্‌শি অসিদা, ঐ, উখিজ্রি। ঐনা অম্নম্ খনবদা, মানবু নীঙ্‌লবদি, কৌরবলাম্মী পুন্নমক্‌পু মথন্তনা তুম্না হাৎপা ঙম্‌গনি। অদুবু, করিগুম্বা মরম্ অমা লৈবদগী মাদু, মহাক্না তৌগে হায়না খল্লি"। দ্রোণগী রাহৈ অসি তাবদা দুর্য্যোধননা দ্রোণগী মায়কৈদা থানা য়েংলগা অঙকপগা লোয়নননা অভিমন্যুরোম্‌দা শাউনা য়েংলকই ॥৩৮॥ অসিগী তুংদা দুর্য্যোধননা কর্ণ, বাহ্লিক, কৃপ দুঃশাসন, শল্য অদুগা অতৈ অতৈ মহারথীশিংদা অস্নুম্না হায়রকই ॥৩৯॥ "ক্ষত্রিয় পুন্নমক্কী থুংলায়গীগুরু, বেদ পুম্বা খঙ্‌ল হৈয়বা গুরু দ্রোণনা মূর্খ অর্জ্জুনগী মচা অসিবু হাৎকে খল্লি।" ॥৪০॥

নত্রবদবু, অকন্‌বশা! মথুত্তা থুংলায় পায়বা দ্রোণগী মথুত্তগী, লালকম্‌দা, যমরাজ কাওবা নাম্বোক্‌পা ঙম্‌গদবা নত্তে। তাইবং মীগীদি করি অমুক্ হায়গনি। মাসি, ঐ, মগ্নাম্‌গী মকম্‌দা তশেং তশেংনা হায়দোক্‌চরবনি ॥৪১॥ গুরুদ্রোণনা, অভিমন্যুবু শিষ্যগী মচানি, হায়দুনা হৌজিক্ কাওবা কন্দুনা থাম্বিরি। মরম্‌দি ধর্ম্ম খঙ্‌বশিংনা, মচাবু; শিষ্যবু অদুগা শিষ্যগী মচাবুসু চপ্ মান্ননা নুংশিবি ॥৪২॥ দ্রোণনা হৌজিক কাওবা হাৎপিদনা লৈবসিদা অপঙ্‌বা, নাপল্ তৌরবা অভিমন্যু হায়বসিসু মশা মথন্তবু অকন্‌বনি হায়না খল্লরি। মশাবু কান্না হায়না নাপল্ তৌরিবসে, মহামূর্খনি। করে, গুরুদ্রোণনা হাৎপিসু যাদ্রবনিনা, অকন্‌বা মরান্না অভিমন্যুবু হৌজিকমক্ হাৎনবা তৌবিয়ু ॥৪৩॥ দুর্য্যোধনমা অস্নুম্না হায়রক্লবদা অকন্‌বা রথীশিং অদুনা মথৌনাগা লোয়নননা, অভিমন্যুবু মহাৎলগে হায়না খল্লুনা, দ্রোণ দৈনা দৈনা মবাক্তনা কপ্পা

দুঃশাসনস্তু তচ্ছ্রুত্বা দুর্য্যোধনবচস্তদা । অব্রবীৎ কুরুশার্দ্দূল । দুর্য্যোধনমিদং বচঃ ॥৪৫॥
অহমেনং হনিষ্যামি মহারাজ । ব্রবীমি তে । মিষতাং পাণ্ডুপুত্রাণাং পাঞ্চালানাঞ্চ পশ্যতাম্ ॥৪৬॥
প্রসিষ্যাম্যস্তু সৌভদ্রং যথা রাহুর্দিবাকরম্ । উৎক্রুশ্য চাব্রবীদ্বাক্যং কুরুরাজমিদং পুনঃ ॥৪৭॥
শ্রুত্বা কৃষ্ণৌ ময়া গ্রস্তং সৌভদ্রমতিমানিনৌ । গমিষ্যতঃ প্রেতলোকং জীবলোকান্ন সংশয়ঃ ॥৪৮॥
তৌ চ শ্রুত্বা মৃতৌ ব্যক্তং পাণ্ডোঃ ক্ষেত্রোদ্ভবাঃ সুতাঃ ।
একাহ্না সসুহৃদ্বর্গাঃ ক্লৈব্যাত্ত্যক্ষ্যন্তি জীবিতম্ ॥৪৯॥
তস্মাদস্মিন্ হতে শত্রৌ হতাঃ সর্ব্বেঽহিতাস্তব । শিবেন ধ্যায় মাং রাজন্ । এষ হন্মি রিপুং তব ॥৫০॥
এবমুক্ত্বা নদন্ রাজন্ । পুত্রো দুঃশাসনস্তব । সৌভদ্রমভ্যয়াৎ ক্রুদ্ধঃ শরবর্ষৈরবাকিরন্ ॥৫১॥
তমতিক্রুদ্ধমায়ান্তং তব পুত্রমরিন্দমঃ । অভিমন্যুঃ শরৈস্তীক্ষ্ণৈঃ ষড়্‌বিংশত্যা সমার্পয়ৎ ॥৫২॥
দুঃশাসনস্তু সংক্রুদ্ধঃ প্রভিন্ন ইব কুঞ্জরঃ । অযোধয়ত্ত সৌভদ্রমভিমন্যুশ্চ তং রণে ॥৫৩॥
তৌ মণ্ডলানি চিত্রাণি রথাভ্যাং সব্যদক্ষিণম্ । চরমাণাবযুধ্যেতাং রথশিক্ষাবিশারদৌ ॥৫৪॥
অথ পণবমৃদঙ্গদুন্দুভীনাং ক্রকচমহানকঝর্ঝরাণাম্ ।

---

অভিমন্যু তম্না কুজিন্নকলে ॥৪৪॥ মহারাজ ! মরাম দুর্য্যোধনগী রা তাবদা, দুঃশাসননা দুর্য্যোধনদা অসুম্না হায়রকই ॥৪৫॥ "য়াম্বুং নিংথৌ ! পাণ্ডবশিং অমদি পাঞ্চালশিংগী মাঙ্‌মক্তদা, ঐ, অর্জ্জুনগী মচাসিবু লোইথোকচগে ।" ॥৪৬॥ রাহুনা নুমিৎপু উম্বগুম্, ঐ, ওসি অভিমন্যুবু য়োৎশিনগে ।" অসি হায়রগা দুঃশাসননা অমুক্তু খোঙ্গেল হৌনা দুর্য্যোধনদা অসুম্না হায়রকই ॥৪৭॥ "অভিমন্যুবু ঐনা য়োচ্ছিন্‌খ্রে হায়বসি তাবমক্তদা কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীমক্ মথন মথক্ত মথ্বাই থাজগ্রগদৌবনি" ॥৪৮॥ অদুগা মখোয় অনীসিনা শিখ্রে হায়বা হেক্ তাবদা অতৈ পাণ্ডবশিংসু, মখোয়গী মচা মশূশিংসু লোইনা নোংমগী মনুংদা মন্নপ্‌ মপাংশিংগা লোয়ননা মথ্বাই থাজগ্রগদবনি" ॥৪৯॥ "অদুনা, য়াম্বুং মহারাজ ! অভিমন্যু কৌবা য়েক্লবসিমক্তং হাৎলবদি মহারাজগী অতৈ য়েক্লবা পুম্নমক্সু শিজরবনি হায়না থওবিয়ু অদুনা য়াম্বুংগী মঙ্গল ওইরনি, অতৈ চিন্তা অমত তৌবিরসু । ঐ, য়েক্লবা অসি লোইথোকচরগে" ॥৫০॥ মহারাজ । নচাঈবুডো দুঃশাসননা মরাম্বুং দুর্য্যোধনদা রা অসি হায়রম্মগা, সিংহনাদ লাউরদুনা তেন্না নোংচুবগুম্ চুথহন্দুনা অভিমন্যু তম্না চেলশিন্‌খি ॥৫১॥ দুঃশাসননা য়াম্না শাউনা চণ্ডশিন্নকপসি উবদা য়েক্লবগুম্বা অকনবা অভিমন্যুনা থৌরবা তেন কুন্তরুক্‌ দুঃশাসনদা কপ্পা থাখি ॥৫২॥ দুঃশাসনসু থোইনা শাউখিদুনা, মরাম কারবা, মচুম্ তারবা শামুগুম্না চণ্ডশিন্নক্তুনা অভিমন্যুদা কন্না কন্না থাবা হৌরকলে । অভিমন্যুনসু মণ্ডোন্দা কন্না কন্না শাখিনা থাবকলে ॥৫৩॥ অদুগী তুংদা, রথগী লান্দা থোইনা হৈশিংলবা দুঃশাসনগা অভিমন্যুগা অনী অসি মাগী মাগী রথদা খুজম্ চেৎনা তোংখৎনদুনা, য়েৎলোম্দ ওয়রোম্দা, কোয়না খেন্না লৈমরক্তুনা অওকপা কংনা শোক্ররকলে ॥৫৪॥ মতম্ অদুদা, লালগী পুংশেল

নিনদবভিভূণং নরাঃ প্রচক্রুর্বণবলোত্তবসিংহনাদবিশ্বম্ ॥৫৫॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
অভিমন্যুবধে দুঃশাসনযুদ্ধে পঞ্চত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

যদ্র য়ৈবা খোংবশিংনা, মোইবুংগী অমদি সিংহনাদগী খোঙ্গেলগা লোয়ননা, নাকন্দা য়ানুবা পুং, ঢোল, পুংজাও, ঝালনচিংবা যন্ত্রশিং অহু খোংবা য়ৈবা হৌরক্‌লে ॥৫৫॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যুবধগী মমুংদা দুঃশাসনযুদ্ধগী কুন্থ্রামঙাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ষট্‌ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

( দুঃশাসন-কর্ণনা মায়থীবা )

কুন্থ্রাতরুকশুবা অধ্যায়ঃ

সঞ্জয় উবাচ।

শরবিক্ষতগাত্রন্তু প্রত্যমিত্রমবস্থিতম্। অভিমন্যুঃ স্ময়ন্ ধীমান্ দুঃশাসনমথাব্রবীৎ ।১।
দিষ্ট্যা পশ্যামি সংগ্রামে মানিনং শূরমাগতম্। নিষ্ঠুরং ত্যক্তধর্ম্মাণমাক্রোশনপরায়ণম্ ।২।
যৎ সভায়াং ত্বয়া রাজ্ঞো ধৃতরাষ্ট্রস্য শৃণ্বতঃ। কোপিতঃ পরুষৈর্বাক্যৈর্ধর্ম্মরাজো যুধিষ্ঠিরঃ ।৩।

---

সঞ্জয়না হায় ঃ—অহগী তুংদা, বুদ্ধি লৈরবা কল্লবা অভিমন্যুনা, তেন্না পানুবগী মশাম্ব উহং নাইহং শানা হোগায়রবা, দুঃশাসন য়েংদুনা মোমোন্না হায়রক্‌ই ॥১॥ "ঐ ওসিদি ঐগী লাইবক কথনা তম্‌থিরবা, নাপল্ তৌরবা, থোয়রবা, ধর্ম্ম থাওত্রবা মীবু নিঙ্গা তৌবা চৈবা হৈরবা পাপী অমবু থেংনরে" ॥২॥ দুঃশাসন! নংদি মহা মূর্খনি। নহাক্না, অহুতৈ, নমথাকী চৌবদা তম্‌জহনা, মযাই কাখিদুনা, সভা মযায়দা ধৃতরাষ্ট্রগী মাঙমক্তদা, ওন্থোক্না তুকচবা যা হাঙ্‌দুনা, ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী থম্মোয়দা অশাউবা পোক্‌হন্‌খি। মহাত্মা মহাক্কী অশাউবগী মহৈনা ওসিদি

জয়োদ্যতেন সূতেন মদ্রপর্বং প্রভাবতা । তথয়েদমনুপ্রাপ্তং তব কোপাবহারণঃ ॥৪॥
( যুগ্মকম্ )

পরবিত্তাপহারস্য ক্রোধস্যাপ্রশমস্য চ । লোকস্য জ্ঞাননাশস্য দ্রোহস্যাত্যহিতস্য চ ॥৫॥
পিতৄণাং মম রাজ্যস্য হরণস্যোগ্রধন্বিনাম্ । তথয়েদমনুপ্রাপ্তং প্রকোপাদ্বৈ মহাত্মনাম্ ॥৬॥
( যুগ্মকম্ )

স তস্যোগ্রাবধর্ষস্য ফলং প্রাপ্নুহি দুর্মতে । । শাসিতাস্ম্যদ্য তে বাণৈঃ সর্বসৈন্যস্য পশ্যতঃ ॥৭॥
অস্যাহমনৃণতস্য কোপস্য ভবিতা রণে । অমর্ষিতায়াঃ কৃষ্ণায়াঃ কাঙ্ক্ষিতস্য চ মে পিতুঃ ॥৮॥
অদ্য কৌরব্য ! ভীমস্য ভবিতাস্ম্যানৃণো যুধি । ন হি মে মোক্ষ্যসে জীবন্ যদি নোৎসহসে রণম্ ॥৯॥
এবমুক্ত্বা মহাবাহুর্বাণং দুঃশাসনান্তকম্ । সন্দধে পরবীরঘ্নঃ কালাগ্ন্যনিলবর্চ্চসম্ ॥১০॥
তস্যোরস্তূর্ণমাসাদ্য জত্রুদেশে বিভিদ্য তম্ । জগাম সহ পুঙ্খেন বল্মীকমিব পন্নগঃ ॥১১॥
অথৈনং পঞ্চবিংশত্যা পুনরেব সমার্পয়ৎ । শরৈরগ্নিসমস্পর্শৈরাকর্ণসমচোদিতৈঃ ॥১২॥
স গাঢ়বিদ্ধো ব্যথিতো রথোপস্থ উপাবিশৎ । দুঃশাসনো মহারাজ ! কশ্মলঞ্চাবিশন্মহৎ ॥১৩॥

---

নং ঐগী মাঙ্‌দা থুংলরবনিদো ॥৩—৪॥ মীগী মরল্ পাম্বা, হুরান্‌বা, শাউগন্‌বা নশাদ অঙৌংবা লৈতবা, অপাম্বা, জ্ঞানরাওদবা, কল্লক্ মিহৌ চাউবা, মীগী কত্তনবত শীনবা, কল্লবা ঈপা ঈপল্‌শিংগী লল হুরান্‌বা,—পূম্নমক অসিগী মহৈনা ওসিদি ঐগী মাওদা নং নশানা নমং থিজররক্ত-বনিদো ॥৫—৬॥ অদুনা কত্রবা ! নশানা তৌখিবা পাপ কর্ম্ম অমদি অধর্ম্ম অদুগী মহৈ কংলো, ওসি, ঐ, নহাক্‌পু নংগী লাম্মীশিংগা লোয়ননা মতীক চানা রারকে ॥৭॥ ঈপা ঈপল্‌শিং অদুগী থম্মোয়দা অশাউবা পোক্‌হনখিবা অদুগী শাউগ্রবী ঈকায়বা নংগ্রবী দ্রোপদীগী মকম্‌দা অদুগা পাবুং অর্জ্জুনগী নীঙ্‌বা থুংদবগী বিষয়দা ঐনা তোল্লিবা লমন্‌সে কোক্কনবা হোৎনগে ॥৮॥ অদুগা, কুরুগী শাগৈদা পোক্লবা ! অদুম্ তৌরবদি, ঈপল্ ঈবুঙো রায়মা ভীমসেনগী মকম্‌দা ঐনা তোনবা লমনসু কোক্লগনি। মরম্‌দি নংনসু লালকম্ থাদোক্‌না ঐগী মাওদগী মচেনথিজ্রবা, অদু ওইরবদি, ওসি নং অসি হিংনহিংনদি ঐগী ঈথুত্তগী নাছোকপদি রাররোই ॥৯॥ অসি হায়রগা, রেরুবা গুম্বা, কল্লবা, মরিল্ লৈরবা, অভিমন্যুনা দুঃশাসনগী মথ্‌,াই লোবা রাব, মশেক মঙাল কল্লবা, লংলবা তেল অমা শত্তুনা দুঃশাসনদা মপাচুম্না নিশানা তৌরকই ॥১০॥ তেল অদুনা দুঃশাসনগী থবাক তম্না থ্‌,না রাওনা পাইশিনখিদুনা ওকা লেংবানগা তাইনকম্ অদুমক্তদা, লিলনা লৈশোবুংগী ম খুন্দা চুম্‌জিংনা চঙশিনখিবগুম্, তেরা-তেলৈ মপক্ উদমথৈ চঙশিনখি ॥১১॥ অদুদগী অমুকসু অভিমন্যুনা, শোকপদা মৈনা রায়বগী মৈশাগা চপ মান্ননা মৈশা পীওবা, তেল কুল্লঙাবু লীরীষ্ণ নাকোং মক্রুং কংনা চিংদুনা দুঃশাসনগী মথবাক্তা কয়া থাখি ॥১২॥ মহারাজ ! তেলগী চৈনা অদু থাওবা ওন্দহুনা রায়া শাখিনা শোক্‌না

সারথিস্ত্বরমাণস্তু দুঃশাসনমচেতনম্ । রণমধ্যাদপোবাহ সৌভদ্রশরপীড়িতম্ ।১৪।
পাণ্ডবা দ্রৌপদেয়াশ্চ বিরাটশ্চ সমীক্ষ্য তম্ । পাঞ্চালাঃ কেকয়াশ্চৈব সিংহনাদমথানদন্ ।১৫।
বাদিত্রাণি চ সর্ব্বাণি নানালিঙ্গানি সর্ব্বশঃ । প্রাবাদয়ন্ত সংহৃষ্টাঃ পাণ্ডূনাং তত্র সৈনিকাঃ ।১৬।
অপশ্যন্ স্ময়মানাশ্চ সৌভদ্রস্য বিচেষ্টিতম্ । অত্যন্তবৈরিণং দৃপ্তং দৃষ্ট্বা শত্রুং পরাজিতম্ ।১৭।
ধর্ম্মমারুতশক্রাণামশ্বিনোঃ প্রতিমাস্তথা । ধারা য়ন্তো ধ্বজাগ্রেষু দ্রৌপদেয়া মহারথাঃ ।১৮।
সাত্যকিশ্চেকিতানশ্চ ধৃষ্টদ্যুম্নশিখণ্ডিনৌ । কৈকেয়া ধৃষ্টকেতুশ্চ মৎস্যপাঞ্চালসৃঞ্জয়াঃ ।১৯।
পাণ্ডবাশ্চ মুদা যুক্তা যুধিষ্ঠিরপুরোগমাঃ । অভ্যদ্রবন্ত ত্বরিতা দ্রোণানীকং বিভিৎসবঃ ।২০।
( বিশেষকম্ )

ততোঽভবন্মহাযুদ্ধং ত্বদীয়ানাং পরৈঃ সহ । জয়মাকাঙ্ক্ষমাণানাং শূরাণামনিবর্ত্তিনাম্ ।২১।
তথা প্রবর্ত্তমানে বৈ সংগ্রামেঽতিভয়ঙ্করে । দুর্য্যোধনো মহারাজ ! রাধেয়মিদমব্রবীৎ ।২২।
পশ্য দুঃশাসনং বীরমভিমন্যুবশং গতম্ । প্রতপন্তমিবাদিত্যং নিঘ্নন্তং শাত্রবান্ রণে ।২৩।
অথ চৈতে সুসংরব্ধাঃ সিংহা ইব বলোৎকটাঃ । সৌভদ্রমুদ্যতাস্ত্রাতুমভ্যধাবন্ত পাণ্ডবাঃ ।২৪।
ততঃ কর্ণঃ শরৈস্তীক্ষ্ণৈরভিমন্যুং দুরাসদম্ । অভ্যবর্ষত সংক্রুদ্ধঃ পুত্রস্য হিতকৃত্তব ।২৫।

কুইনা রাস্থনা রথ মথক্তা কমৃথখি ॥১৩॥ মাহু উবদ' সারথিনা থুনা রাগুনা তৌহনা, অভিমন্যুগী খুৎলায়না থীনা শোক্লবা দুঃশাসনবু লালকমুহুদগী মায়কৈ অমদা থুনা রাগুনা থৈদোকখি ॥১৪॥ পাণ্ডবশিংনা দ্রৌপদীগী মচাশিংনা, বিরাটনা, পাঞ্চালশিংনা অমদি কেকয়শিংনা অভিমন্যুগী মথৌনা অহু উবদা নুংঙাইখিহুনা সিংহনাদ কল্লা লাউখি ॥১৫॥ মতম্ অহুদা পাণ্ডবলাম্মীশিংনা য়াম্না নুংঙাইখিহুনা মথল মথা অয়াম্বা পুংশেলনচিংবা যন্ত্র ময়াম্ পায়খত্নুনা খোংগৎখি-য়ৈখৎখি ॥১৬॥ নাপল চাউরবা, কল্লক মিহৌ চাউরবা দুঃশাসননা মায়থীবা কংখিবহুদা, পাণ্ডবলাম্মী পূম্মক্তা মোমোন নোক্নুনা অভিমন্যুগী লালোং অহুবু কুম্মৈদোনা য়েংহুনা লৈনখি ॥১৭॥ অহুগীতুংদা মখোয়গী খিয়াল মথক্তা ধর্ম্ম, বায়ু, ইন্দ্র, অশ্বিনী কুমার অনীগী মূর্ত্তি য়েকপ', মহারথী ওইরবা দ্রৌপদীগী মচাশিং সাত্যকি, চেকিতান, ধৃষ্টদ্যুম্ন, শিখণ্ডী, ধৃষ্টকেতু, কেকয়শিং, মৎস্য, পাঞ্চাল, সঞ্জয়শিং অমদি যুধিষ্ঠিরনচিংবা পূম্মক্তা দ্রোণগী থেহু অহুবু থুগাইগদবগী থুনা রাগুনা চণ্ডশিল্লকই ॥১৮—২০॥ মহারাজ । অসিগী তুংদগীদি. য়েক্লব পাণ্ডবশিংগী লাম্মী মপৈগা মহারাজগী পক্ষগী জয় ওইনিংবা লালকম্দগী হন্দ্রবা অকনবশিংগা কল্লবা লাঞ্জাও অমা থেংনবা হৌখি ॥২১॥ মহারাজ ! মতৌ অম্নুয়া কল্লা থেংনবা হৌরক্লবা মতম্‌সিদা দুর্য্যোধননা কর্ণদা অম্নুয়া হায়রকই ॥২২॥ "য়েংঙু, মম্নাপ, কর্ণ ! শাবরা নুমিৎকী মতৌগুম্না য়েক্লবশিংবু নৈহৎলগা অকনবা ঈনাও দুঃশাসন আসে অভিমন্যুগী মথা পোনখ্রে ॥২৩॥ অহুগী হরাউবা নাপম্না মখোই কারবা পাণ্ডবশিং অমদি মখোয়গী লাম্মীশিংনসু অভিমন্যুবু কনগে হায়রবগী দমক নহাক্কী লাম্মী মপৈ তম্না চেলশিল্লক্লি" ॥২৪॥

তস্য চানুচরাংস্তীক্ষ্ণৈর্বিব্যাধ পরমেষুভিঃ । অবজ্ঞাপূর্ব্বকং শূরঃ সৌভদ্রস্য রণাজিরে ॥২৬॥
অভিমন্যুস্তু রাধেয়ং ত্রিসপ্তত্যা শিলীমুখৈঃ । অবিধ্যত্বরিতো রাজন্ । দ্রোণং প্রেপ্সুর্মহামনাঃ ॥২৭॥
তং তথা নাশকৎ কশ্চিদ্‌দ্রোণাদ্বারয়িতুং রথী । আরুজন্তং রথশ্রেষ্ঠান্ বজ্রহস্তমিবাসুরান্ ॥২৮॥
ততঃ কর্ণো জয়প্রেপ্সুর্মানী সর্ব্বধনুষ্মতাম্ । সৌভদ্রং শতশোঽবিধ্যদুত্তমাস্ত্রাণি দর্শয়ন্ ॥২৯॥
সোঽস্ত্রৈরস্ত্রবিদাং শ্রেষ্ঠো রামশিষ্যঃ প্রতাপবান্ । সমরে শত্রুদুর্দ্ধর্ষমভিমন্যুমপীড়য়ৎ ॥৩০॥
স তথা পীড্যমানস্তু রাধেয়েনাস্ত্রবৃষ্টিভিঃ । সমরেঽমরসঙ্কাশঃ সৌভদ্রো ন ব্যসীদত ॥৩১॥
ততঃ শিলাশিতৈস্তীক্ষ্ণৈর্ভল্লৈরানতপর্ব্বভিঃ । ছিত্ত্বা ধনূংষি শূরাণামার্জ্জুনিঃ কর্ণমার্দ্দয়ৎ ॥৩২॥
ধনুর্ম্মণ্ডলনির্মুক্তৈঃ শরৈরাশীবিষোপমৈঃ । সচ্ছত্রধ্বজযন্তারং সাশ্বমাশু স্ময়ন্নিব ॥৩৩॥ (যুগ্মকম্)
কর্ণোঽপি চাস্য চিক্ষেপ বাণান্ সন্নতপর্ব্বণঃ । অসংভ্রান্তশ্চ তান্ সর্ব্বানগৃহ্লাৎ ফাল্গুনাত্মজঃ ॥৩৪॥
ততো মুহূর্ত্তাৎ কর্ণস্য বাণেনৈকেন বীর্য্যবান্ । সধ্বজং কার্ম্মুকং বীরশ্ছিত্ত্বা ভূমৌ ন্যপাতয়ৎ ॥৩৫॥

---

মহারাজ। দুর্য্যোধনগী রা অসি তাবদা, মহারাজগী নচাঈবুঙো দুর্য্যোধনগী কননবতা খল্লবা, থোইদোক্লা শাউরবা কর্ণনা লাকওম্ কাওম্‌ল্লবা অভিমন্যুগী মথক্তা থৌর থৌরবা তেন্না নোং চুবগুম্ হৈথরকলে ॥২৫॥ অদুগা মখল মখলগী থৌর থৌরবা তেন্না, ঈথৌ থৌওইদনা, অভিমন্যুগী তেঙ্গোল লান্মী খুদিংমক্তা কন্না-কন্না থাবা হৌরকলে ॥২৬॥ মতম্ অসিদা মথন্নাই চাউরবা, মরিল লৈরবা অভিমন্যুস্তু দ্রোণগী মনাক ময়োরগে খন্দুনা থৌরবা তেল হুন্দ্‌তনা হুন্‌দোইনা কর্ণদা কন্না থাখি ॥২৭॥ অভিমন্যুনা মতৌ অসুম্না অকনবশিংবু ওম্‌শিল্লক্লবা মতম্‌সিদা, কৌরব পক্ষগী অকনবা কনানসু অভিমন্যুবু থিংবা লাকপা ওম্‌খিদ্রে ॥২৮॥ মতম্ অসিদা অভিমন্যুবু ওম্‌লগে হায়না খল্লবা কর্ণনসু থৌর থৌরবা তেলশিং অমদি খুৎলায়শিংবু চাম চামনা খুজিং ওইদুনা অভিমন্যু তন্না কাপশিল্লকলে ॥২৯॥ পরশুরামগী শিষ্য, খুৎলায় পুম্বা হৈরখওলবা, মতীক্ মথৌনা লৈরবা কর্ণনা মখল্ মখা অয়াম্বা খুৎলায়না অভিমন্যুদা কন্না কন্না থারক্‌লে ॥৩০॥ মতম্ অসিদা লাইমচাওম্বা অভিমন্যুনা কর্ণগী থৌরবা খুৎলায়লিশিং লিশিংনা পাল্লবসু লাল্‌কম্‌দগী খোঙ্‌কম্ নামকাওবা লেওবিদে, চোক্‌থবা লৈখিদে ॥৩১॥ অসিগীতুংদা অভিমন্যুনা মোথোনা মথৌ শওলবা থৌরবা তামচীন্ শাবা তেল্‌গী মপৈ মপৈ কাপ্‌শিল্লক্‌উনা কর্ণগী অদুক য়াম্বা লান্মীশিং অদুগী মথুং মথুত্তা পায়রিবা লীক্লংশিং কুকথণ্ড্‌না, মোমোন নোক্ত্‌না লালকম্ অদুদা কোয়রৈ লৈদুনা লিলগা মাননা মদুপুরবা তেলগী মপৈনা কনাগী সারথি কিরাল শগোলগা লোয়ননা কর্ণদা, খাওওম্‌দবা চৈনা পীরকলে ॥৩২—৩৩॥ কর্ণনসু থৌর থৌরবা তেলগী মপৈ, অভিমন্যু তন্না কাপশিল্লকলে। অদুগা অভিমন্যুনসু কর্ণগী তেল্‌শিং অদুবু ঊরায় লায়না কক্‌কক্‌না থাদখি, খুজম্ চেৎনা কর্ণগী মায়োক্ত য়াখি ॥৩৪॥ অদুবা থৌরবা অভিমন্যুনা তেল

ততঃ কচ্ছপগতং কর্ণং দৃষ্ট্বা কর্ণানন্তরঃ। সৌভদ্রনত্যয়াত্তূর্ণং মৃদ্গন্নুভ্য কার্ম্মুকম্ ॥২৬॥
তত উচ্চুক্রুশুঃ পার্থাস্তেষাঞ্চানুচরা জনাঃ। বাদিত্রাণি চ সংজঘ্নুঃ সৌভদ্রঞ্চাপি তুষ্টুবুঃ ॥৩৭॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
অভিমন্যুবধে দুঃশাসনকর্ণপরাজয়ে ষট্‌ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

অমতনা কর্ণগী কিরালগা লীরুংগবু ককথত্তুনা নৈমায়থক্তা থাদখি ॥৩৫॥ কর্ণনা অরাবা তাবসি উবদা মহাক্কী মনাও নিপানা থুনা মাঙনা চেলশিল্লকই ॥৩৬॥ মসি উবদা পাণ্ডবকী লাম্মীশিংনা অহুগা পাণ্ডবশিংনা মুংঙাইখিহুনা খোঙ্গেল হৌনা লাউ খোংহুনা পুংশেন্নচিংবা যন্ত্র পুম্বা নৈনকলে, অহুগা লাম্মী পুন্নমন্না অভিমন্যুবু থাগৎনখি ॥৩৭॥

মকম্ অসিদা, শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনালেংবা সংহিতাদা, দ্রোণপর্ব্বদা, অভিমন্যুবধগী মন্থংদা দুঃশাসন কর্ণ পরাজয়গী কুন্থ্‌রাতরুকশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## সপ্তত্রিংশোঽধ্যায়ঃ।

( অভিমন্যুগী মথৌনা )

কুন্থ্‌রাতরেৎশুবা অধ্যায়ঃ।

—ঃ(০)ঃ—

সঞ্জয় উবাচ।

সোঽভিগর্জন্ ধনুষ্পাণির্জ্যাং বিকর্ষন্ পুনঃ পুনঃ। তয়োর্মহাত্মনোস্তূর্ণং রথান্তরমবাপতৎ ॥১॥
সোঽবিধ্যদ্দশভির্বাণৈরভিমন্যুং দুরাসদম্। সচ্ছত্রধ্বজযন্তারং সাশ্বমাশু স্ময়ন্নিব ॥২॥
পিতৃপৈতামহং কর্ম কুর্ব্বাণমতিমানুষম্। দৃষ্ট্বার্দ্দিতং শরৈঃ কাষ্ণিং ত্বদীয়া হৃষিতাভবন্ ॥৩॥

---

সঞ্জয়না হায় ঃ— কর্ণগী মনাওনিপা অসিনা তংলহুনা, লীমীবু নাকোং কনা চিংহুনা অভিমন্যুগা কর্ণগা অনীমী মরক্তা, মহাক্কী রথ অহু থৌজিন্নকুনা থুংঙরে ॥১॥ মহাক্‌ নোক্লহুনা খৌরবা তেল্ তমানা কিরাল, শগোল্, সারথিগা লোয়ননা অভিমন্যুদা শাকু কল্লা কল্লা থাব হোৎকৃলে ॥২॥ মপা—মবুমৌশিংনা লালকমদা তৌখিবা থবক্শিং অহু মীওনাহুনা মাহুমী মতুংইন্না

তস্যাভিমন্যুরায়ম্য স্ময়ন্নেকেন পত্রিণা । শিরঃ প্রচ্যাবয়ামাস তত্রথাৎ প্রাপতদ্ভুবি ॥৪॥
কর্ণিকারমিবাধূতং বাতেন পতিতং নগাৎ । ভ্রাতরং নিহতং দৃষ্ট্বা রাজন্ ! কর্ণো ব্যথাং যযৌ ॥৫॥
বিমুখীকৃত্য কর্ণন্তু সৌভদ্রঃ কঙ্কপত্রিভিঃ । অন্যানপি মহেষ্বাসাংস্তূর্ণমেবাভিদুদ্রুবে ॥৬॥
ততস্তদ্বিততং সৈন্যং হস্ত্যশ্বরথপত্তিমৎ । ক্রুদ্ধোঽভিমন্যুরভিনত্তিগ্মতেজা মহারথঃ ॥৭॥
কর্ণস্তু বহুভির্বাণৈরর্দ্দ্যমানোঽভিমন্যুনা । অপায়াজ্জবনৈরশ্বৈস্ততোঽনীকমভজ্যত ॥৮॥
শলভৈরিব চাকাশে ধারাভিরিব চাবৃতে । অভিমন্যোঃ শরৈ রাজন্ ! ন প্রাজ্ঞায়ত কিঞ্চন ॥৯॥
তাবকানান্তু যোধানাং বধ্যতাং নিশিতৈঃ শরৈ । অন্যত্র সৈন্ধবাদ্রাজন্ ! ন স্ম কশ্চিদতিষ্ঠত ॥১০॥
সৌভদ্রস্তু ততঃ শঙ্খং প্রধ্মাপ্য পুরুষর্ষভঃ । শীঘ্রমভ্যপতৎ সেনাং ভারতীং ভরতর্ষভ ! ॥১১॥
স কক্ষেঽগ্নিরিবোৎসৃষ্টো নির্দ্দহংস্তরসা রিপূন্ । মধ্যে ভারতসৈন্যানামার্জুনিঃ পর্য্যবর্ত্তত ॥১২॥
রথনাগাশ্বমনুষ্যানর্দ্দয়ন্ নিশিতৈঃ শরৈঃ । স প্রবিশ্যাকরোদ্ভূমিং কবন্ধগণসঙ্কুলাম্ ॥১৩॥

---

মথৌনা মপাঙ্গল্লগা লোয়ননা পূক্নীং চঙ্‌না থবক্ তৌজরিবা অভিমন্যুদা অকন্‌বা চৈনা পীরকপদু উবদা মহারাজগী পক্ষগী-লান্মীশিংনা অমদি নচা ঈবুঙোশিংনা য়াম্ন নুংঙাইজখি ॥৩॥ অদুবু, মহারাজ ! শুহাক্ শোক্লরবতুংদা অভিমন্যুনা মোমোন্ নোক্তুনা লীরীবু নাকোং মরু ফংনচিংদুনা থোরবা তেল্ অমনা কর্ণগী মনাও অদুগী মঙক্ অদু কক্তুনা লৈমায় থক্তা থাদখি ॥৪॥ মহারাজ ! কল্লবা নুংশিৎনা য়ৈবদা চিঙথক্তা হোবা কর্ণিকা পাম্বীনা লোক্খাদা ওন্থরকপগুম্ মনাওনিপানা রথদগী লাল্ লৈমায়থক্তা মঙক্ য়াওনা তারকপদু উবদা কর্ণ অসি থম্মোয় শোক্ল রাখি ॥৫॥ অসিগী তুংদা অভিমন্যুনা কর্ণবুসু মায়থীংবপীদুনা মমায় ওলহন্‌খিদুনা, অতৈ অতৈ লান্মীশিং তম্না ফুজিন্‌খি ॥৬॥ অসিগী তুংদা কাহেম্না মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা অভিমন্যুনা, শগোল্ শামু রথ দলাই খোঙ্‌মী লান্মীন থল্লবা কৌরব তেকোলবু ছারখার শানা থুগাইখি ॥৭॥ অভিমন্যুনা কম্না তক্‌শিল্লরুবা মতম্‌সিদা কর্ণনা য়াঙলবা শগোল্ অমদা তোংখতুনা লালকম্‌দগী চেল্লোক্‌খি। অদুদগীদি, কৌরব লান্মীপুম্বা পুম্‌চাক্ট চাইনা কায়খি ॥৮॥ মহারাজ ! কৌজেং হায়ৌ মপৈনা নোংমদোন মাকোয়বু পুম্‌কুপ কুপখিবদুগুম্না অভিমন্যুগী তেম্না আকাশ পুম্বা কুপপ্রবদুদা অমগমগ করিমত শকুউনখিদ্রে ॥৯॥ মহারাজ ! অভিমন্যুগী তেম্ন পানবদা থাঙবগুম্‌দ্রবা লান্মী পুম্বনা চেন্নথবদা জয়দ্রথ নত্তনা কৌরব লান্মী কনা অমত্ত লাল-কম্‌দা লৈহৌদ্রে ॥১০॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা ! অদুদগীদি অভিমন্যু অসি, মোইবুং খোংগত্তুনা পৈদুনা লৈরিবা কৌরবলান্মী অদু তম্না কম ফুজিন্‌দ্রে ॥১১॥ কংলবা নাপী মপৈবু চাকথেক্ লক্‌পা মৈগী মতৌগুম্বা অভিমন্যুনা মতৌ অম্না কৌরবলান্মী মপৈবু নম্‌থায়দুনা, লান্মী মপৈদুগী মথায় চবুক্তা লৈদ্রে ॥১২॥ থৌরথৌরবা তেল মপৈ মপৈনা কৌরব লান্মীশিং অদুগী শগোল শামু রথ সাম্বখি ফিরালনচিংব কক্‌থত্তুনা লালকম্ অদু ভক্ য়াওদবা হক্‌চাংতম্না পুম্‌কুপ কুপশিন্-

সৌভদ্রচাপপ্রভবৈর্নিকৃত্তাঃ পরমেষুভিঃ । স্বানেবাভিমুখান্ মত্তঃ প্রাদ্রবন্ জীবিতার্থিনঃ ॥১৪॥
তে যোধা রৌদ্রকর্ম্মাণো বিপাঠা বহবঃ শিতাঃ । নিঘ্নন্তো রথনাগাশ্বান্ জগ্মুরাশু বসুন্ধরাম্ ॥১৫॥
সায়ুধাঃ সাঙ্গুলিত্রাণাঃ সগদাঃ সাঙ্গদা রণে । দৃশ্যন্তে বাহবশ্ছিন্না হেমাভরণভূষিতাঃ ॥১৬॥
শরাশ্চাপানি খড়্গাশ্চ শরীরাণি শিরাংসি চ । সকুণ্ডলানি স্রগ্বীণি ভূমাবাসন্ সহস্রশঃ ॥১৭॥
সোপস্করৈরধিষ্ঠানৈরীশাদণ্ডকবন্ধুরৈঃ । অক্ষৈর্বিমথিতৈশ্চক্রৈর্বহুধা পতিতৈর্যুগৈঃ ॥১৮॥
শক্তিচাপাসিভিশ্চৈব পতিতৈশ্চ মহাধ্বজৈঃ । চর্ম্মচাপশরৈশ্চৈব ব্যবকীর্ণৈঃ সমন্ততঃ ॥১৯॥
নিহতৈঃ ক্ষত্রিয়ৈরশ্বৈর্বারণৈশ্চ বিশাংপতে ! । অগম্যরূপা পৃথিবী ক্ষণেনাসীৎ সুদারুণা ॥২০॥

( বিশেষকম্ )

বধ্যতাং রাজপুত্রাণাং ক্রন্দতামিতরেতরম্ । প্রাদুরাসীন্মহাশব্দো ভীরূণাং ভয়বর্দ্ধনঃ ॥২১॥
স শব্দো ভরতশ্রেষ্ঠ ! দিশঃ সর্ব্বা ব্যনাদয়ৎ । সৌভদ্রশ্চাদ্রবৎ সেনাং ঘ্নন্ নরাশ্বরথদ্বিপান্ ॥২২॥
কক্ষমগ্নিরিবোৎসৃষ্টো নির্দ্দহংস্তরসা রিপূন্ । মধ্যে ভারতসৈন্যানামার্জ্জুনিঃ প্রত্যদৃশ্যত ॥২৩॥

---

হন্‌খ্রে ॥১৩॥ মতৌ অদুম্না অভিমন্যু মথন্তনা মথং মথং ককশিল্লকপসি উবদা কৌরবলান্মীশিং অসি মাগী মাগী মথ্‌রাই হিংননবত থন্দুনা মায়ুগৈ মরি কাংনা চেন্নখ্রে ॥১৪॥ অভিমন্যুনা কাপথোকররকপা অকিবগী মশক কংলবা, অকিব কংন তম্‌থিবা থবক তৌওম্বা, মচীন্ থোরবা, থাঙ ময়াঙুম্ মচীন্ পাক্লবা বিপাঠ কৌবা তেল্ মপৈ মপৈছুনা কৌরবলান্মীশিংগী শগোল শামু রথশিংবু শোইদং শোইদংলম্‌ছুনা লাল্‌কম্ লৈমুংদা মশক উদমথৈ চঙনখি ॥১৫॥ খুজৈ, খুথাঙ, তাল অহুগা গদানচিংবা খুৎলায় য়াওরিবা, লৈতেং অতৈ অতৈনা তিল্লবা অককপা পাম্বোম কয়া কয়ান লাল্‌কম্ লৈমায়থক্ত খুরক হাঙদনা তাঁবহু উনখি ॥১৬॥ তেল, লীক্রং থাঙশাং, কথাকথাঙ, অশিব হকচাং, কুণ্ডলনাইন লৈপরেংনচিংব লৈতেংয়াওরিবা ওক লিশিং লিশিংনা লাল্‌কম্‌গী মকম্ খুদিংদা চোম্‌লপ চোম্‌লপ তারি ॥১৭॥ মহারাজ ! পুম্‌চাই চাইনা তাম্বিব পোক্চেশিংনা অহুগা রথগী চাক্‌লেন্, রথগী মথক্তথনুব য়ুমগী য়ুথী মচা মচা, চাকা অতেক্‌পগী মশা মচা মচা, চাকা অতেকপা, অথোয়বা উ মতেক মরাম্, তা অথোয়ব অতেকপা লীগী য়াওরিবা লীক্রং, লীগী তংলবা লীক্রং, থাঙশাং, রাং চাউরবা কিরাল্, পুমচাই চাইন তাম্বিবা চুলোয়, লীগী য়াওব্রবা লীক্রং,, তেল মতেক মতেক, মথোঙ মথুং কক্লবা অকনূব ক্ষত্রিয়শিং মনাতোল, মথোঙ মথুং কক্লবা শগোল শামু মথোয়শিং অলিনা মীকুপ অমগী মনুংদা লালকম্ অহু থোঙথাকম্ লৈখিত্রে অহুগা অকিবগী মশক কংখ্রে ॥১৮—২০॥ অমগমগ হাংনথিররকপা নিংথৌশিং—নিংথৌমচাশিংগী অমগমগ কৌনলাউনররকপা মথোল অহুনা কিগনব-শাঙদবশিংগী থম্মোয়দ অকিবা মিপাইবা পোকহনখি ॥২১॥ নিংথৌ অথোইবা ! মতৌ অদুম্না নিংথৌমচাশিং অহুনা শাউনররুম মতম্‌লিদা অভিমন্যুহ্ মেরুব কাঙবুগী শগোল শামু থোঙগী

বিদ্রবন্তং দিশঃ সর্ব্বাঃ প্রদিশশ্চাপি ভারত । । তং তদা নানুপশ্যামঃ সৈন্যেন রজসাবৃতম্ ॥২৪॥
আদদানং গজাশ্বানাং নৃণাঞ্চায়ূংষি ভারত । । ক্ষণেন ভূয়ঃ পশ্যামঃ সূর্য্যং মধ্যন্দিনে যথা ।
অভিমন্যুং মহারাজ । প্রতপন্তং দ্বিষদ্গণান্ ॥২৫॥
স বাসবসমঃ সংখ্যে বাসবস্যাত্মজাত্মজঃ । অভিমন্যুর্মহারাজ । সৈন্যমধ্যে ব্যরোচত ॥২৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
অভিমন্যুবধে অভিমন্যুপরাক্রমে সপ্তত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

লাম্মী পূম্ব হাঞ্চিল্লক্কুনা য়েক্লবগী লাম্মী তেঙ্গোল তম্না ফুজিল্লকই ॥২২॥ মৈরি কংনা চান্নবা মৈনা বনগী কংলবা নাপীলীঙবীশিংবু চাকশিল্লকপন্থগুম্না অভিমন্যুনা য়েক্লবশিংবু নৈহত্তুনা লৈবম্ব কৌরব তেঙ্গোল ময়ায়দা খ্বাইনা উনখি ॥২৩॥ মহারাজ। অভিমন্যুনা মায়গৈশলাই খণ্ডনা হাঞ্চিল্লকপদা লাম্মীশিংনা চেন্নরকপগী হৌরকপা-কাখৎলকপা উফুল মপৈ মপৈনা মায়কৈ পূম্বা কূপখিহুনা অভিমন্যু অসি মশক উখিদ্রে ॥২৪॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা মহারাজ। য়েক্লব কৌরবলাম্মীশিংগী শগোল শাম্ম রথীশিংগী মপুনশিবু তেলহন্দুনা অভিমন্যু অসি য়েক্লবা লাম্মী মরক্তা চান্নবা নুমিৎকী মতৌগুম্ নীঙথিজখি ॥২৫॥

ইন্দ্রগী মচাগী মচানিপা,
অভিমন্যু কৌবা অকন্‌বনা
য়েক্লবা লাম্মীমরক্তা লৈবম্ব
ইন্দ্রমকী মতৌগুম্ থোইনম্ব কৰ্জে ॥২৬॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যুবধগী মহুংদা অভিমন্যু পরাক্রমগী কুম্থ্রাতরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

# শ্রীমহাভারতম্

## অষ্টত্রিংশোহধ্যায়ঃ

কুনস্ত্রানিপান্‌ঙুবা অধ্যায়

( জয়দ্রথগী মথৌনা )

—:(*):—

### ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

বালমত্যন্তসুখিনং স্ববাহুবলদর্পিতম্। যুদ্ধে সুকুশলং বীরং কুলপুত্রং তনুত্যজম্ ॥১॥
গাহমানমনীকানি সদশ্বৈশ্চ ত্রিহায়নৈঃ। অপি যৌধিষ্ঠিরাৎ সৈন্যাৎ কশ্চিদন্বপতদ্বলী ॥২॥
( যুগ্মকম্ )

### সঞ্জয় উবাচ।

যুধিষ্ঠিরো ভীমসেনঃ শিখণ্ডী সাত্যকির্যমৌ। ধৃষ্টদ্যুম্নো বিরাটশ্চ দ্রুপদশ্চ সকেকয়ঃ ॥৩॥
ধৃষ্টকেতুশ্চ সংরব্ধো মৎস্যাশ্চান্বপতন্ রণে। তেনৈব তু পথা যান্তঃ পিতরো মাতুলৈঃ সহ ॥৪॥
অভ্যদ্রবন্ পরীপ্সন্তো ব্যূঢানীকাঃ প্রহারিণঃ। তান্ দৃষ্ট্বা দ্রবতঃ শূরাংস্ত্বদীয়া বিমুখাভবন্ ॥৫॥
( বিশেষকম্ )

ততস্তদ্বিমুখং দৃষ্ট্বা তব সূনোর্মহদ্বলম্। জামাতা তব তেজস্বী তিস্তম্ভয়িষুরাদ্রবৎ ॥৬॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়। অঙাং ওইরিবা, অকিবা লৈতবা, লালকম্‌দা হরাউ শুংঙাইবনা মথোই কারবা, মপাম্বোমগী পাঙ্গল্দা থোয়রবা, লান্দা থোইনা হৈরবা, মপামপু কল্লবা, অচৌবা শাগৈদা পোক্রবা, লান্দা মথ্‌ৱাই থাগে খল্লবা অভিমন্যুনা চহী অহুম্‌ওরবা, ময়াইকায়বা শগোলশিংগী মথৌনা কৌরবলান্মীশিংবু নৈখাইরকপা মতম্‌সিদা যুধিষ্ঠিরগী তেঙ্গোললোম্‌দগী অকনবা কনা কনানা মাগী খোজুল লীরকপগে? ॥১—২॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ। যুধিষ্ঠির, ভীম, নকুল, সহদেব, শিখণ্ডী, সাত্যকি, ধৃষ্টদ্যুম্ন, বিরাট দ্রুপদ, কেকয়শিং মথৌনা লৈরবা ধৃষ্টকেতু অমুগা মৎস্যদেশগী অতোপ অতোপ্পা অকনবশিংনা অভিমন্যুগী মতুং ইন্নখি। শিখণ্ডীনচিংবা মামশিংনা, যুধিষ্ঠিরনচিংবা মপামপলশিংনা অমুগা অতৈ অতোপ অতোপ্পা অকনবা ময়ীশিংনা অভিমন্যুগী মতুং ইন্নগে হায়দুনা, থুৎও থুৎলায়নচিংবা লোইন শেমশাদুনা, অভিমন্যুনা চঙখ্রিবা লম্বী অদোম্‌দা চঙশিন্নকই। অকনবশিং অসিনা চঙশিন্নকপা উবদা মহারাজখোয়গী কৌরবলান্মী অয়াম্ব লীজহৈরে ॥৩—৫॥ নচাঙ্গবুঙো দুর্যোধনগী লাপ্মী অয়াম্বনা লীজহৈরবদু উবদা নপাক ঈবুঙো,

সৈন্ধবস্ত মহারাজ! পুত্রো রাজা জয়দ্রথঃ। স পুত্রগৃদ্ধিনঃ পার্থান্ সহসৈন্যানবারয়ৎ ॥৭॥
উগ্রধন্বা মহেষ্বাসো দিব্যমস্ত্রমুদীরয়ন্। বার্দ্ধক্ষত্রিরুপাসেধৎ প্রবণাদিব কুঞ্জরঃ ॥৮॥

## ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

অতিভারমহং মন্যে সৈন্ধবে সঞ্জয়াহিতম্। যদেকঃ পাণ্ডবান্ ক্রুদ্ধান্ পুত্রপ্রেপ্সুরবারয়ৎ ॥৯॥
অত্যদ্ভুতমহং মন্যে বলং শৌর্য্যঞ্চ সৈন্ধবে। তস্য প্রব্রূহি মে বীর্য্যং কর্ম্ম চাগ্র্যং মহাত্মনঃ ॥১০॥
কিং জপ্তং হুতমিষ্টং বা কিং সুতপ্তমথো তপঃ। সিন্ধুরাজেন যেনৈকঃ ক্রুদ্ধান্ পার্থানবারয়ৎ ॥১১॥

## সঞ্জয় উবাচ।

দ্রৌপদীহরণে যত্তদ্ভীমসেনেন নির্জ্জিতঃ। মানাৎ স তপ্তবান্ রাজা বরার্থী সুমহত্তপঃ ॥১২॥
ইন্দ্রিয়াণীন্দ্রিয়ার্থেভ্যঃ প্রিয়েভ্যঃ সন্নিবর্ত্ত্য সঃ। ক্ষুৎপিপাসাতপসহঃ কৃশো ধমনিসন্ততঃ ॥১৩॥
দেবমারাধয়ৎ সর্ব্বং গৃণন্ ব্রহ্ম সনাতনম্। ভক্তানুকম্পী ভগবাংস্তস্য চক্রে ততো দয়াম্ ॥১৪॥
(যুগ্মকম্)
স্বপ্নান্তেঽপ্যথ চৈবাহ হরঃ সিন্ধুপতেঃ সুতম্। বরং বৃণীষ প্রীতোঽস্মি জয়দ্রথ! কিমিচ্ছসি ॥১৫॥

---

থৌনাফরবা জয়দ্রথ অসি মথোয় অহুবু থিংগে হায়বগীদমক চেলশিল্লকই ॥৬॥ মহারাজ সিন্ধু নিংথৌগী মচা অকনবা জয়দ্রথনা লান্মীশিংগা লোয়ননা চণ্ডশিল্লক্তুনা মচানুংশিজরবা পাণ্ডবশিংবু থিংহুনা থম্খি ॥৭॥ ওন্নি-ওন্নি তৌবা মকম্দগী শামুনা মাসী য়েক্লববু থিংবা অহুগুম্না খুৎলায় হৈরবা, অচৌবা লীরুং পায়রবা জয়দ্রথনা অণ্ডক্ অণ্ডক্পা খুৎলায় মথল্ মথল্না পাণ্ডবশিংবু থিংখি ॥৮॥ ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—"সঞ্জয়! হৌজিক, জয়দ্রথগীমথক্তা অচৌবা মথৌ অমা নল্লুনা লৈরি, অহুমক্তনা, মহাক্না মথন্তনা মচা অভিমন্যুগী মনাক্ তাম্না লাকনিংবা পাণ্ডবশিংবু থরাই য়াওনা থিংলিবনি হায়না খল্লি" ॥৯॥ "অহুগা, ঐনা'সিমস্থ খল্লি:—জয়দ্রথগী মতীক্ মগুণ মথৌনা অসিস্থ অণ্ডকপা অমনি। করে, অসি পূম্বা লৈখিসনু, জয়দ্রথনা তৌখিবা মপাঙ্গল মথৌনাগী থবক্ পূম্বা মথং মথং তাহল্লু ॥১০॥

জয়দ্রথনা করি জপ, করি যজ্ঞ, করি হোমজপ তৌহুনা অমদি করম্বা তপস্যাগী শক্তিনা, মথন্তনা থোইনা শাউরবা পাণ্ডবশিংবু মাহুগী মুমিৎকী লান্দা জয় তৌখিবগে? ॥১১॥ সঞ্জয়না হায়:—মহারাজ অহুঙৈ বনদা জয়দ্রথনা দ্রৌপদীবু হুহুনা পুবা মতম্দা ভীমনা য়াম্না শাথিনা মহাক্পু মায়থীবা পীখি। মাহুগী মুংঙাইখিদবনা, ভীমবু অমুক্তংদি মায়থীবা পীগে খল্লুনা জয়দ্রথনা অকন্বা তপস্যা তৌখি ॥১২॥ মহাক্না রূপ-রসনচিংবা সংসারগী বিষয় পুম্বদগী হল্লোকখিহুনা ইন্দ্রিয় পুম্নমক্পু জয় তৌহুনা, অরাম্- থৌরাং পুম্বা থাণ্ডহুনা, শরদা উস্তনা কূপখিহুনা, সনাতন ওইবা ব্রহ্মগী জপ তৌহুনা ভগবান শিবগী আরাধনা তৌখি। ভক্তবু চান্থিহৈবা, থুনা পেন্থিহৈবা ভগবান মহাদেবনা জয়দ্রথগী তপস্যা অহু উবদা মুংশিবিরে ॥১৩—১৪॥ মোংথা, মমণ্ডদা মহাদেবনা লেঙবিরক্তুনা জয়দ্রথদা "জয়দ্রথ! ঐ নংগী তপস্যা

এবমুক্তস্তু সর্ব্বেণ সিন্ধুরাজো জয়দ্রথঃ। উবাচ প্রণতো রুদ্রং প্রাঞ্জলির্নিয়তাত্মবান্ ॥১৬॥
পাণ্ডবেয়ানহং সংখ্যে ভীমবীর্য্যপরাক্রমান্। বারয়েয়ং রথেনৈকঃ সমস্তানিতি ভারত। ॥১৭॥
এবমুক্তস্তু দেবেশো জয়দ্রথমথাব্রবীৎ। দদামি তে বরং সৌম্য! বিনা পার্থং ধনঞ্জয়ম্ ॥১৮॥
বারয়িষ্যসি সংগ্রামে চতুরঃ পাণ্ডুনন্দনান্। এবমস্ত্বিতি দেবেশমুক্ত্বাবুধ্যত পার্থিবঃ ॥১৯॥ (যুগ্মকম্)
স তেন বরদানেন দিব্যেনাস্ত্রবলেন চ। একঃ সংবারয়ামাস পাণ্ডবানামনীকিনীম্ ॥২০॥
তস্য জ্যাতলঘোষেণ ক্ষত্রিয়ান্ ভয়মাবিশৎ। পরাংস্তু তব সৈন্যস্য হর্ষঃ পরমকোঽভবৎ ॥২১॥
দৃষ্ট্বা তু ক্ষত্রিয়া ভারং সৈন্ধবে সর্ব্বমাহিতম্। উৎক্রুশ্যাভ্যদ্রবন্ রাজন্। যেন যৌধিষ্ঠিরং বলম্ ॥২২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
অভিমন্যুবধে জয়দ্রথপরাক্রমে অষ্টত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

অসিদা য়ায়া পেল্লে। নংনা পাম্বা বর নিয়ু” অমুয়া হায়রয়ে ॥১৫॥ মহাদেবনা অমুম্ হায়রবদা সিন্ধুরাজ জয়দ্রথনা মকোক নোম্দুনা মখুৎ লোয়রদুনা পুক্নাং চঙনা, মহাদেবদা অমুয়া হায়খি ॥১৬॥ “প্রভু! ঐনা রথ অমগী মথক্তা তোংখত্তুনা ইথক্তনা অকিবা কংনা কল্লবঃ পাণ্ডবশিংবু অমুক্তদগী জয় তৌজগে” ॥১৭॥ জয়দ্রথনা অমুয়া হায়রবদা মহাদেবনা অমুয়া মঙোন্দা হায়খি ঃ—“অকনবা! ঐনা নঙোন্দা বর পীগ্নি। পৃথাগী মচা অর্জ্জুন নত্তনা অতোপ্পা পাণ্ডব মরিবু নহাক্না নোংম লালকম্দা ভম্বা ওইয়ু।” মহাদেবনা অমুয়া হেক্ হায়রম্বগা জয়দ্রথ অসি মীকপ্ হেক্ থোক্ই ॥১৮—১৯॥ জয়দ্রথনা মহাদেবগী বর অসিগী শক্তিতনা ওম্বোক্পা অঙক্পা, মীয়মলেন্দা নৈতবা খুংলায়গী পাম্বৈনা মথক্তনা পাণ্ডব লাম্মীশিংবু মায়থীবা পীখি ॥২০॥ মহারাজ! জয়দ্রথগী লীরী খীঙ্বগী মখোক্তনা, লীরীগা কাপথোয়ক্পা তেল অনীগী মখোক্তনা য়েক্লবা পাণ্ডবশিংগী অমদি পাণ্ডব লাম্মীশিংগী থম্মোয়দা অকিবা মিপাইবা পোক্খি। মতম্ অমুদা মহারাজগী নচা ঈবুঙোশিংগী লাম্মীশিংগী থম্মোয়দা মুংওাইবগী ঈথক্ হৌখি ॥২১॥ মহারাজ! কৌরব লাম্মী পুম্নমক্না মখোয়গী ভারপুম্বা মঙোন্দা শিন্নপ্রে, হায়বসি উবদা জয়দ্রথনা ময়াই কাম্নুনা, সিংহনাদ লাউম্নুনা যুধিষ্ঠিরগী লাম্মী মপৈ ভম্না চেল্শিল্লক্ই ॥২২॥

মখম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা “অভিমন্যুবধ”গী মমুংদা জয়দ্রথপরাক্রমগী কুম্ব্ানিপাল্তবা অধ্যায় লোইরে ॥ × ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ঊনচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ

( জয়দ্রথগী মথৌনা )

কুনহ্মাপলগুবা অধ্যায়

—:(•):—

সঞ্জয় উবাচ।

যন্মাং পৃচ্ছসি রাজেন্দ্র। সিন্ধুরাজস্য বিক্রমম্। শৃণু তৎ সর্ব্বমাখ্যাস্যে যথা পাণ্ডূনযোধয়ৎ ॥১॥
তমূহুঃ সারথের্ব্বশ্যাঃ সৈন্ধবাঃ সাধুবাহিনঃ। বিকুর্ব্বাণা বৃহন্তোঽশ্বাঃ শ্বসনোপমরংহসঃ ॥২॥
গন্ধর্ব্বনগরাকারং বিধিবৎ কল্পিতং রথম্। তস্যাভ্যশোভয়ৎ কেতুর্ব্বারাহো রাজতো মহান্ ॥৩॥
শ্বেতচ্ছত্রপতাকাভিশ্চামরব্যজনেন চ। স বভৌ রাজলিঙ্গৈস্তৈস্তারাপতিরিবাম্বরে ॥৪॥
মুক্তাবজ্রমণিস্বর্ণৈর্ভূষিতং তদয়স্ময়ম্। বরূথং বিবভৌ তস্য জ্যোতির্ভিঃ খমিবাবৃতম্ ॥৫॥
স বিস্ফার্য্য মহচ্চাপং কিরন্নিষুগণান্ বহূন্। তৎ খণ্ডং পূরয়ামাস যদার্জ্জুনিরদারয়ৎ ॥৬॥
স সাত্যকিং ত্রিভির্ব্বাণৈরষ্টভিশ্চ বৃকোদরম্। ধৃষ্টদ্যুম্নং তথা ষষ্ট্যা বিরাটং দশভিঃ শরৈঃ ॥৭॥

---

সঞ্জয়না হায় ঃ—মহারাজ! মহারাজনা জয়দ্রথগী মথৌনাগী মরমদা হংবিরি, অদুগা মতৌ
করম্না মথন্তুনা পাণ্ডবশিংবু মাতুগী লুমিংকী লান্দা মারথীবা পীথিরগে হায়রম্ হংখিরি। মাসি
পুম্নমক মথংনীংনা লীজগে তাবিয়ু ॥১॥ সারথিগী ঊঙ্গিত খঙ্লবা, সারথিনা হায়রবতা ঈন্নবা,
রথচিংবা হৈরবা, নুংশিংকী মমাঙ্থানা চেন্নবা সিন্ধুদেশদা পোক্লবা শগোলশিং অদুনা জয়দ্রথবু
পুহুনা লালকম্ ময়ায়দা চেল্‌শিন্নকলে ॥২॥ ওকী মূর্ত্তি য়েক্লবা, লুপাতনা হঙ্‌না শারবা রাং
চাউরবা কিয়াহ্না, গন্ধর্ব্বগী বিমানগা মান্নবা চাউরবা নীঙথিরবা রথ অদুবু থোইনা কজহন্‌থি
॥৩॥ থানা মোংমদোংহক কজবগুম, জয়দ্রথন্থ নিংথৌগী খুদম্ পুম্বনা তিন্নবা, কাগুহাই চামরদা
নৈতোংলবা রথথক অদুদা থোইনা নীঙথিজখি ॥৪॥ থরান্‌মিচাক্‌শিংনা তগুপ্ তয়েংনা নৈতোংলবা
মোংমদোন্ মকোয়গী মতোওয়া, মণিমুক্তা সনালুপা মচেৎ মচেৎনা তগুপ্ তয়েংনা নীঙথিজরবা
য়োতনা পুথ্রৈ ওইনা শারবা রথবু য়েৎশিন্নিবা কূপলিবা কি অদুনা থোইদোক নীঙথিজখি ॥৫॥
মতৌ অদুন্না জয়দ্রথনা মাগী চাউরবা লীকং অদুদা লীরী হান্দ্রনা, মাদুবু নাকোং মরক কংবা
তিংদুনা, থৌর থৌরবা তেজগী মপৈ মপৈ কাপ্‌লিন্ কাপলিন্না চঙশিন্নক্‌না অহানবদা অভিমন্যুনা
লুপাইখিবা চক্রব্যুহগী অহাঙ্বা শরক অহ থুনা য়াঙ্না খোক্লী লানাইতনা অমুক্ লুম্‌জিল্‌হন্থি ॥৬॥
অমিসিদুদবা জয়দ্রথনা তেল্ অহুম সাত্যকিদা, নিপানা ভীমদা, হুমদ্‌না ধৃষ্টদ্যুম্নদা, তরানা

দ্রুপদং পঞ্চভিস্তীক্ষ্ণৈঃ সপ্তভিশ্চ শিখণ্ডিনম্। কেকয়ান্ পঞ্চবিংশত্যা দ্রৌপদেয়াংস্ত্রিভিস্ত্রিভিঃ ॥৮॥
যুধিষ্ঠিরঞ্চ সপ্তত্যা ততঃ শেষানপানুদৎ। ইষুজালেন মহতা তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৯॥
( বিশেষকম্ )

অথাস্য শিতপীতেন ভল্লেনাদিশ্য কার্ম্মুকম্। চিচ্ছেদ প্রহসন্ রাজা ধর্ম্মপুত্রঃ প্রতাপবান্ ॥১০॥
অক্ষ্ণোর্নিমেষমাত্রেণ সোঽন্যদাদায় কার্ম্মুকম্। বিব্যাধ দশভিঃ পার্থং তাংশ্চৈবান্যাংস্ত্রিভিস্ত্রিভিঃ ॥১১॥
তস্য তল্লাঘবং জ্ঞাত্বা ভীমো ভল্লৈস্ত্রিভিঃ পুনঃ। ধনুর্ধ্বজঞ্চ ছত্রঞ্চ ক্ষিতৌ ক্ষিপ্রমপাতয়ৎ ॥১২॥
সোঽন্যদাদায় বলবান্ সজ্যং কৃত্বা চ কার্ম্মুকম্। ভীমস্যাপাতয়ৎ কেতুং ধনুরশ্বাংশ্চ মারিষ। ॥১৩॥
স হতাশ্বাদবপ্লুত্য ছিন্নধন্বা রথোত্তমাৎ। সাত্যকেরাপ্লুতো যানং গির্য্যগ্রমিব কেশরী ॥১৪॥
ততস্তদীয়াঃ সংহৃষ্টাঃ সাধু সাধ্বিতি বাদিনঃ। সিন্ধুরাজস্য তৎ কর্ম্ম প্রেক্ষ্যাশ্রদ্ধেয়মদ্ভুতম্ ॥১৫॥
সংক্রুদ্ধান্ পাণ্ডবানেকো যদ্ধারয়দস্ত্রতেজসা। তত্তস্য কর্ম্ম ভূতানি সর্ব্বাণ্যেবাভ্যপূজয়ন্ ॥১৬॥
সৌভদ্রেণ হতৈঃ পূর্ব্বং সোত্তরায়ুধিভির্দ্বিপৈঃ। পাণ্ডূনাং দর্শিতঃ পন্থাঃ সৈন্ধবেন নিবারিতঃ ॥১৭॥

---

বিরাটতা, মঙান। দ্রুপদদা, তরেৎনা শিখণ্ডীদা, কুন্দঙানা কেকয়শিংদা, অহুম্ অহুমা দ্রৌপদীগী মচাশিংদা ছুফুতরান। যুধিষ্ঠিরদা থাখি। অদুগা লেম্হৌবা লান্মীশিং অহুবু তেল্গী লাংনা পুম্কুপ্ কুপ্ত্রে। মসিমক্ অঙকপা থবক্ অমা ওইনা থোকখি ॥৭—৯॥ অসিগীতুংদা মতাক্ মগুণ মথৌনা লৈরবা যুধিষ্ঠিরনা নোক্তুনা "য়েংঙু নংগী লীরুং অদু ককথৎপিরবনি" অসি হায়না হায়না থৌরবা, য়েরুবগী ঈ থক্ ওন্বা তা মচীন্শাবা তেল অমনা জয়দ্রথগী লীরুং অদু কক্থৎখি ॥১০॥ মীকুপ অমগী মনুংদা জয়দ্রথনা অতোপ্প লীরুং অমা লৌখত্তুনা তেঙ্গা থোংহনা তেল তরানা যুধিষ্ঠিরদা অদুগা অতোপ্পশিং অদুদা মীপুম্থীৎনা তেল অহুম্ অহুম্ কাপ্খি ॥১১॥ জয়দ্রথনা মথুৎ য়াম্না থুনা কাপশিন্নকপদু উবদা, শাউখিদুনা ভীমসেননা, তামচীন্শাবা তেল্ অহুমা জয়দ্রথগী লীরুং, কিয়াল, অদুগা ছত্রবু কক্তুনা লৈমায়থক্তা থাদখি ॥১২॥ ঈকায়থুম্নবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ! খুদক্ অদুদা জয়দ্রথনা অতোপ্পা লীরুং অমা থক্ লৌখত্তুনা, মাহুদা লীরী থুনা য়াঙনা হাপ্তুনা, থৌরবা তেল্ অমনা ভীমসেনগী লীরুংগা, কিয়ালগা শগোলশিং অদুগা কক্থৎখি ॥১৩॥ লীরুং, কিয়াল শগোয়চিংবা লোইনা কক্ত্রবদুদা ভীম অসি রথ মথক্তগী কল হেক্ চোংথদুনা, নোংশানা চীঙথক্তা চেল্থৎলকপগুম্, সাত্যকিগী রথগী মথক্তা হেক্ চোংশৎলকুই ॥১৪॥ মহারাজ! জয়দ্রথগী মতীক্ মগুণ মথৌনা অদুগা মহৈ অদু উবদা মহারাজগী কৌরবলাল্মী পুম্নমক্না নুংঙাই হরাউখিদুনা জয়দ্রথবোম্দা সাধু-সাধু হায়না লাউদুনা জয়দ্রথবু য়াম্না থাগৎখি ॥১৫॥ মতৌঅদুম্না জয়দ্রথনা মথন্তনা পাণ্ডবশিংবু অমমত্তা ওইনা মায়থীবা পীরকলে। অদুমক্তনা কৌরব লান্মী পুম্না জয়দ্রথবু থাগৎখিবনি ॥১৬॥ অভিমন্যুনা অহানবদা কৌরব তেঙ্গোল্লি শগোল্ শামুশিংবু মথোয়গী অতোংবা লান্মীশিংগা হাত্তুনা, পাণ্ডবশিংনা লায়না চঙবা লম্বী

যতমানাস্তু তে বীরা মৎস্যপাঞ্চালকেকয়াঃ।　পাণ্ডবাশ্চ পরন্তপাঃ প্রতিশেকুর্ন সৈন্ধবম্ ॥১৮॥
যো যো হি যততে ভেত্তুং দ্রোণানীকং তবাহিতঃ। তং তমেব বরং প্রাপ্য সৈন্ধবঃ প্রত্যবারয়ৎ ॥১৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্বণি
অভিমন্যুবধে জয়দ্রথপরাক্রমে ঊনচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

অম কাংলমবদু জয়দ্রথনা অমুকহন্না লন্থী অদু থিংলুনা থমখ্রে ॥১৭॥ অদুগী তুংদা, মৎস্য, পাঞ্চাল, অমদি কেকয়দেশগী অকনবশিংনা, অদুগা পাণ্ডবশিংনা থেংনুগী মচীন্দা পুল্লখা চণ্ডশিল্লকইদি হায়রবু, জয়দ্রথবু মায়থিবা পীবদি ওম্থিদ্রে ॥১৮॥ মরম্ অদুনা, মহারাজগী য়েক্কবা পাণ্ডবশিংগী অকনবা লান্মীশিংনা দ্রোণগী থেংনু অদুবু থুগাইদুনা চণ্ডগে হায়না হোৎনবদু, জয়দ্রথনা মহাদেবগী বরদগী মখোয়বু ঈরায় লায়না থিংলুনা থম্খ্রে ॥১৯॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা, সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা, "অভিমন্যুবধ"গী মনুংদা "জয়দ্রথপরাক্রম"গী কুন্থ্রামাপল্ওবা অধ্যায় লোইরে ॥X॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## চত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ

নিফুওবা অধ্যায়

( অভিমন্যু বধগী মনুংদা দুঃশাসনগী লান্ )

———:※:———

সঞ্জয় উবাচ।

সৈন্ধবেন নিরুদ্ধেষু জয়গৃদ্ধিষু পাণ্ডুষু।　সুঘোরমভবদ্ যুদ্ধং ত্বদীয়ানাং পরৈঃ সহ ॥১॥
প্রবিশ্য ত্বার্জুনিঃ সেনাং সত্যসন্ধো দুরাসদঃ।　ব্যক্ষোভয়ত তেজস্বী মকরঃ সাগরং যথা ॥২॥

---

সঞ্জয়না হায় :— অয় ওইগনি হায়বগী আশাদা চণ্ডশিল্লকপা পাণ্ডবশিংবু জয়দ্রথনা থিংলুনা, থেংনা চত্তবা তত্থুহন্দনা থম্লবদা, য়েক্কবা পাণ্ডবশিংগী লান্মীশিংগা কৌরব লান্মীশিংগা অকিবকানা থেংনখি ॥১॥ অদুগী তুংদা থাশবুচেৎপা, লাকতবা কাতথদবা, তেজলৈবা অভিমন্যুনা য়েক্কবশিংগী মখক্তা চঙ্গনিদুবিদুনা, সমুদ্রগী ঈথক্তা ভোর্গাপা কুম্ভিরনুপতুম্ কৌরবশিংবু নৈবা হৌরক্লে ॥২॥

তং তথা শরবর্ষেণ ক্ষোভয়ন্তমরিন্দমম্ । যথাপ্রধানাঃ সৌভদ্রমভ্যবর্ষন্নরসত্তমাঃ ।৩।
তেষাং তস্য চ সংমর্দো দারুণঃ সমপদ্যত । সৃজতাং শরবর্ষাণি প্রসক্তমিতরেতরম্ ।৪।
রথব্রজেন সংরুদ্ধস্তৈরমিত্রৈরথার্জুনিঃ । বৃষসেনস্য যন্তারং হত্বা চিচ্ছেদ কার্মুকম্ ।৫।
তস্য বিব্যাধ বলবান্ শরৈরশ্বানজিহ্মগৈঃ । বাতায়মানৈরথ তৈরশ্বৈরপহৃতো রণাৎ ।৬।
তেনান্তরেণাভিমন্যোর্যন্তাপাসারয়দ্রথম্ । রথব্রজাস্ততো হৃষ্টাঃ সাধু সাধ্বিতি চুক্রুশুঃ ।৭।
তং সিংহমিব সংক্রুদ্ধং প্রমথ্নন্তং শরৈররীন্ । আরাদায়ান্তমভ্যেত্য বসাতীয়োঽভ্যয়াদ্দ্রুতম্ ।৮।
সোঽভিমন্যুং শরৈঃ ষষ্ট্যা রুক্মপুঙ্খৈরবাকিরৎ । অব্রবীচ্চ ন মে জীবন্ জীবতো যুধি মোক্ষ্যসে ।৯।
তময়স্ময়বর্মাণমিষুণা দূরপাতিনা । বিব্যাধ হৃদি সৌভদ্রঃ স পপাত ব্যসুঃ ক্ষিতৌ ।১০।
বসাতীয়ং হতং দৃষ্ট্বা ক্রুদ্ধাঃ ক্ষত্রিয়পুঙ্গবাঃ । পরিবব্রুস্তদা রাজংস্তব পৌত্রং জিঘাংসবঃ ।১১।
বিস্ফারয়ন্তশ্চাপানি নানারূপাণ্যনেকশঃ । তদ্যুদ্ধমভবদ্রৌদ্রং সৌভদ্রস্যারিভিঃ সহ ।১২।
(যুগ্মকম্)
তেষাং শরান্ সেষ্বসনান্ শরীরাণি শিরাংসি চ । সকুণ্ডলানি স্রগ্বীণি ক্রুদ্ধশ্চিচ্ছেদ ফাল্গুনিঃ ।১৩।

---

য়েক্লবগুম্বা অভিমন্যুনা তেন্না নোংচুবগুম হৈথরকুনা কৌরব লান্মী মপৈবু নৈরকপা মতম্ অসিদা কৌরবপক্কী অচৌ অচৌবা, অথোই-অথোইবা অকনবা রথীশিংনা অভিমন্যুবোমদা ফুজিল্লকলে ॥৩॥ অদুদগীদি কৌরব লান্মীশিং অদুনা ক্রকক্রক ঈনশিন্নবা তেল্ কাপ্‌শিন্নরকপা মতম্ অসিদা মথোয় পুল্লপকা অভিমন্যু মথন্তগা অকিবকংনা থেংনপ্রে ॥৪॥ য়েক্লবলান্মীশিংনা অম্মুম্বা তকশিল্লকলবদা অভিমন্যুনা বৃষসেনগী সারথিবু হাৎলগা মহাক্কী লীরুংবুসু ককথৎখি ॥৫॥ অদুদগী অভিমন্যুনা থৌরবা চুম্নবা তেলগী মপৈ অমনা বৃষসেনগী শগোলশিং অদুদা কন্না কন্না থাখি।

অদুদগী সুংশিংকী মমাঙ্‌ থানা চেন্নবা শগোলশিং অদুনা বৃষসেনবু লালফম্‌দগী থৈদোকখি ॥৬॥ তাঙ্গা অসিদা অভিমন্যুগী সারথিনা রথ অদুবু নাকল্ অমদা থৈদোকখি। মহুদা রথীশিংনা নুংঙাইখিদুনা "সাধু-সাধু" হায়না লাওউনখি ॥৭॥ নোংশাগী মতৌগুম্বা থৌরবা অভিমন্যুনা তেল কাপ্প কাপ্প য়েক্লবশিংগী মায়কৈদা চেল্‌শিল্লকপা মতম্‌সিদা বসাতিদেশগী নিংথৌনা মহাক্কী মায়কৈদা চেলশিল্লকই ॥৮॥ সনানা তেস্মৈপানবা গৌরবা তেলহুক্‌ফুনা অভিমন্যুদা কন্না থাখি। "নহাক হিংনা হিংনদি ঐগী ঈথুত্তগী ঙসি নাম্ভোকপা ঙম্মরোইদবনি"—হায়না বসাতি নিংথৌনা অভিমন্যু য়োমদা লাওউরকই ॥৯॥ লাওউরিবৈ চৈরক্ অদুমক্তদা অভিমন্যুনা থৌরবা তেলঅম কাপশিল্লকুনা নিংথৌ অদুগী থারবা লালফুরিৎনা কুপ্‌শিল্লবা থবাক অদুদা থাবদা মহাক মথ্বাই থাগ্রনা রথদগী লৈমায়রথক্কা হাইথখি ॥১০॥ মহারাজ! বসাতি নিংথৌবু শাথিনা হাৎখিবস্ত উবদা কৌরবপক্কী ক্ষত্রিয় অকনব পুম্মক থোইদোক্ক শাওউখিদুনা অভিমন্যুবু মহাৎলগে হায়না অদুনা মথলমথা অয়াম্বা খুৎলায় পায়থৎনদুনা অভিমন্যুবু কোয়শিনখ্রে। অদুদগীদি অভিমন্যু মথন্তসা মথোয়গা অকিবা কংনা থেংনখি ॥১১—১২॥ অভিমন্যুনা শাওউখিদুনা অদুক্ তাঙ্গা মথোয়গী লীরুং তেলশিং অদুবু অদুগা কুণ্ডল নাইরা লৈতেংবা মকোকশিং অদু কক্‌থনা লৈমায়রক্কা থাকখি ॥১৩॥

সখড়গাঃ সাঙ্গুলিত্রাণাঃ সশরাসনসায়কাঃ। অকৃত্তত ভুজাশ্ছিন্না হেমাভরণভূষিতাঃ ॥১৪॥
অশ্বাভিরাভরণৈর্ব্বস্ত্রৈঃ পতিতৈর্বিবিধৈর্ধ্বজৈঃ। বর্মভিশ্চর্ম্মভির্হারৈর্মুকুটৈশ্ছত্রচামরৈঃ ॥১৫॥
উপস্করৈরধিষ্ঠানৈরীষাদণ্ডকবন্ধুরৈঃ। অক্ষৈর্বিমথিতৈশ্চক্রৈর্ভগ্নৈশ্চ বহুধা যুগৈঃ ॥১৬॥
অনুকর্ষৈঃ পতাকাভিস্তথা সারথিবাজিভিঃ। রথৈশ্চ ভগ্নৈর্নাগৈশ্চ হতৈঃ কীর্ণাভবন্মহী ॥১৭॥

( বিশেষকম্ )

নিহতৈঃ ক্ষত্রিয়ৈঃ শূরৈর্নানাজনপদেশ্বরৈঃ। জয়গৃদ্ধৈর্বৃতা ভূমির্দারুণা সমপদ্যত ॥১৮॥
দিশো বিচরতস্তস্য সর্ব্বাশ্চ প্রদিশস্তথা। রণেঽভিমন্যোঃ ক্রুদ্ধস্য রূপমন্তরধীয়ত ॥১৯॥
কাঞ্চনং যদ্যদস্যাসীদ্বর্ম চাভরণানি চ। ধনুষশ্চ শরাণাঞ্চ তদপশ্যাম কেবলম্ ॥২০॥
তং তদা নাশকৎ কশ্চিচ্চক্ষুর্ভ্যামভিবীক্ষিতুম্। আদদানং শরৈর্যোধান্ মধ্যে সূর্য্যমিব স্থিতম্ ॥২১॥
আদদানস্তু শূরাণামায়ুংষ্যভবদার্জ্জুনিঃ। অন্তকঃ সর্ব্বভূতানাং প্রাণান্ কাল ইবাগতে ॥২২॥
স শক্র ইব বিক্রান্তঃ শক্রসূনোঃ সুতো বলী। অভিমন্যুস্তদানীকং লোড়য়ন্ সমদৃশ্যত ॥২৩॥
প্রাপ্যৈব তু রাজেন্দ্র। ক্ষত্রিয়েন্দ্রান্তকোপমঃ। সত্যশ্রবসমাদত্ত ব্যাঘ্রো মৃগমিবোল্বণঃ ॥২৪॥

লালকম্ অহুদ। থাঙ-তা-পায়রিবা শীঙজং পায়রিবা খাদোকচিবা, সনাপুপা হৎলবা তাপন লৈত্তেংবা কক্কবা পাম্বোম ময়াম্না খুরক হাঙদনা তারি ॥১৪॥ পুম্‌চাই চাইনা তারিবা লৈপরেং, সনরীক, থাঙ, তা, চুঙ্গোয়, ছত্র, লুহুপ, ফিরাল, লালফুরিৎ, চামর রথগী মচাক, কক্ষম অখোয়বা অত্তিংবা উমকক্ কয়া, নৈথৎ নোয়খৎপ্রবা রথগী চাকা অহুগা চাকাগী মশা, পোপপু, ধোরা, মতৎমতৎ শেগাইরবা ফিরাল, সারথি, শগোল্, মতুপ মতুপ্ খোক্ল য়ানপ্রবা শামু অসি পুম্নমক অসিনা লালকম অহু খুরক্ হাঙদনা কুপখ্রে ॥১৫—১৭॥ কল্লবা, লৈপাক লৈপাকী নিংথৌ কয়া কয়ানা শিহুনা লালকমগী মফম্‌পুম্বদা তাহুনা লৈবহুদা, লাল্কম্‌হু অকিবগী মশক্ ওইরবী মুর্ত্তি, অম পুখ্রে ॥১৮॥ অভিমন্যুনা লাল্কম্ অহুনা মায়কৈ সনাই থঙদনা লালকম্‌গী মফম্ পুম্বা শীহ্নংনা কোয়চেল চেন্দুনা শোয়রকপা মতম্‌সিদা, মহাক অসি কয়ি কয়িগুম্বদা অমুকহু উহৈ, অমুকহু উদে ॥১৯॥ ঐখোয়না মরক মরক্তা তুক উবা হায়ববু মহাকী সনাপুপা মণি মুক্তানা তঙ্গপ তরেংন হৎলবা লালফুরিৎ, থাঙতা; চুঙ্গোয়নচিংবা অহুত্তনি ॥২০॥ অভিমন্যুনা তেন্হনা য়েক্লবা লাম্মীশিংগী মথ্যাই লৌলৌহুনা লৈমিত্তে মতমসিদা অহুগা বেহ মনুংদা নুমিৎকী মতৌগুম্না লাম্মীশিংবু চাকথেক্লগে হায়বগী মতৌগুম্না লৈমিত্তেসিদা কনা অমত্তনা মঙোন্দা হংগৎনা য়েংবা ঙম্‌খিদে ॥২১॥ মৃত্যু-কালনা লাক্লবদা যমরাজনা থম্মাইপানবশিংগী মথ্যাইবু পুম্নুনা চৎখিবগুম্না যমরাজগী মশক ওইরবা অভিমন্যুনা য়েক্লবা লাম্মীঅকনবশিং মথ্যাইবু তেক্তনা লাম লাযহুনা লৌখি ॥২২॥ ইন্দ্রগী মতৌগুম্ মতীক্‌মঙোন্না লৈমবা, ইন্দ্রগী অর্জ্জুনগী মচা অভিমন্যুনা কৌরবলাম্মী মপেবু নৈতৎপাহু অত্তবা ময়ামা উবা ফংখি ॥২৩॥ সিংথৌ অহোইবা! যমরাজগী মতৌগুম্বা অভিমন্যুনা য়েক্লব ক্ষত্রিয় অকনবা

সত্যশ্রবসি চাক্ষিপ্তে ম্রিয়মাণা মহারথাঃ। প্রগৃহ্য বিবিধং শস্ত্রমভিমন্যুমুপাদ্রবন্॥২৫॥
অহং পূর্ব্বমহং পূর্ব্বমিতি ক্ষত্রিয়পুঙ্গবাঃ। স্পর্দ্ধমানাঃ সমাজগ্মুর্জিঘাংসন্তোঽর্জুনাত্মজম্॥২৬॥
ক্ষত্রিয়াণামনীকানি প্রক্রুতান্যভিধাবতাম্। অগ্রাহ তিমিরাসাদ্য ক্ষুদ্রমৎস্যানিবার্ণবে॥২৭॥
যে কেচন গতাস্তস্য সমীপমপলায়িনঃ। ন তে প্রতিন্যবর্ত্তন্ত সমুদ্রাদিব সিন্ধবঃ॥২৮॥
মহাগ্রাহগৃহীতেব বাতবেগভয়ার্দ্দিতা। সমকম্পত সা সেনা বিভ্রান্তা নৌরিবার্ণবে॥২৯॥
অথ রুক্মরথো নাম মদ্রেশ্বরসুতো বলী। ত্রস্তামাশ্বাসয়ন্ সেনামত্রস্তো বাক্যমব্রবীৎ॥৩০॥
অলং ত্রাসেন বঃ শূরা নৈব কশ্চিন্ময়ি স্থিতে। অহমেনং গ্রহীষ্যামি জীবগ্রাহং ন সংশয়ঃ॥৩১॥
এবমুক্‌ত্বা তু সৌভদ্রমভিদুদ্রাব বীর্য্যবান্। সুকল্পিতেনোহ্যমানঃ স্যন্দনেন বিরাজতা॥৩২॥
সোঽভিমন্যুং ত্রিভির্বাণৈর্বিদ্ধা বক্ষস্যথানদৎ। ত্রিভিশ্চ দক্ষিণে বাহৌ সব্যে চ নিশিতৈস্ত্রিভিঃ॥৩৩॥
স তস্যেষ্বসনং ছিত্ত্বা ফাল্গুনিঃ সব্যদক্ষিণৌ। ভুজৌ শিরশ্চ স্বক্ষিভ্রু ক্ষিতৌ ক্ষিপ্রমপাতয়ৎ॥৩৪॥

---

শিংগী মরক্তা হোক্তিন্দ্রুনা, ময়ায়কায়বা লাম্ববা কৈনা শক্তী শতাই কাহ্নুনা চাথোকখিবগুম সত্যশ্রবাবু আক্রমণ তৌহুনা মথ্‌াইলৌই॥২৪॥ সত্যশ্রবানা মথ্‌াই থাগ্রবদা কৌরবপক্ষগী মহারথীশিংনা পুন্নপ্‌ হৌরক্তুনা অভিমন্যুব পুন্‌কোয় কোয়শিন্‌খ্রে॥২৫॥ "ঐনা হান্ন হাৎকনি"—"ঐনা হান্ন হাৎকনি" অস্নুম্‌ হায়না লাউ লাউরহুনা অভিমন্যুয়োম্‌দা হোক্তিয়রক্লে॥২৬॥ সমুদ্র ঈরায়দা তিমি কোবা ঙানা ঙামচা ময়াম্‌গা থেংনবগুম অভিমন্যু মথক্তনা ময়াম্ন অহুগী মায়োক্‌ য়াখি॥২৭॥ মতম্‌ অসিদা অকন্‌বা লাম্মী পুন্নমক নীঙহন্নুনা চেনখিদনা অভিমন্যুগী নাক্ত চেল্‌শিন্নকই। চেল্‌শিল-লকলিবা মখোয় অহ্নস্থ, ভুরেলশিংনা সমুদ্রগী নাক্তা চেশিল্লুরগা অমুক হন্দোকখিবা ঙমদবগুম অভিমন্যুগী নাক্তা চেলশিল্লুরিবশিংদো মপ্‌াই পুহুনা অমুক্‌ হললকপা লৈত্রে॥২৮॥ ময়ম অহুনা পাকচাঙয়বা কৌরব লাশ্মীমপৈ অদো, চাউরবা ঙানা নৈবগুম, কল্লবা সুংশিংকী ঈপোয় যুহুন ঈথক হৌহনবগুম অমুক্‌তোইনা খোইয়েল মশা পানখ্রে॥২৯॥ অসিগুম্বা মতম্‌দা শল্যরাজগী মচা রুক্মরথ হায়বহুনা ময়াম অহুবু খেমজিন্নগা তপ্‌থহন্নগা ময়াম্‌দা অস্থুমা লাউরকই—॥৩০॥

"অকন্‌বশা! কম্নিগী কিবিন্নি? কিবিগনু। ঐ লৈন্নিঙৈদবু অভিমন্যু মানা কৈদৌরনি? ঐ মাগী মথ্‌াই লৌরনি। চিংনবিগনু।" ॥৩১॥ য়াহৈ অসি হায়রগা কম্থোয়বা রুক্মরথ হায়বসি লালগীদমক্‌ নীঙখিনা চোক্‌শিন্না শেম্‌শারগা, রথ মথক্তা তোংলগা অভিমন্যু তম্না হোক্তিন্নকই॥৩২॥ মহাক্না খোরবা তেল অহুমা অভিমন্যুগী থবীন্ন। খ্‌ম্না থারগা খোক্তেল হৌনা সিংহনাদ লাউরকই। অহুদগী অমুক তেল অহুম্‌ অমনা য়েথংবা পাখোম্‌দা, অহুম্‌ অমনা অভিমন্যুগী ওয়থংবা পাখোম্‌ মক্‌দা কপ্ন থাখি॥৩৩॥ মতম্‌ অহুদা অভিমন্যুনা ঈথৌ খোৎইদনা, রুক্মরথগী লীচং, মখুৎ, খেৎ-ওয়, অহুগা কম্নবা মীৎ-বা-পীৎমুপা লোয়নবা মাখোক্‌ অহু মক্তমু

দৃষ্ট্বা রুক্মরথং রুগ্‌ণং পুত্রং শল্যস্য মারিষম্ । জীবগ্রাহং জিঘৃক্ষন্তং সৌভদ্রেণ যশস্বিনা ।৩৫।
সংগ্রামদুর্ম্মদা রাজন্ ! রাজপুত্রাঃ প্রহারিণঃ । বয়স্যাঃ শল্যপুত্রস্য সুবর্ণবিকৃতধ্বজাঃ ।৩৬।
তালমাত্রাণি চাপানি বিকর্ষন্তো মহাবলাঃ । আর্জ্জুনিং শরবর্ষেণ সমন্তাৎ পর্য্যবারয়ন্ ।৩৭।

( বিশেষকম্ )

শূরৈঃ শিক্ষাবলোপেতৈস্তরুণৈরত্যমর্ষণৈঃ । দৃষ্ট্বৈকং সমরে শূরং সৌভদ্রমপরাজিতম্ ।৩৮।
ছাদ্যমানং শরব্রাতৈর্হৃষ্টো দুর্য্যোধনোঽভবৎ । বৈবস্বতস্য ভবনং গতং হ্যেনমমন্যত ।৩৯।

( যুগ্মকম্ )

সুবর্ণপুঙ্খৈরিষুভির্নানালিঙ্গৈঃ সুতেজনৈঃ । অদৃশ্যমার্জ্জুনিং চক্রুর্নিমেষাত্তে নৃপাত্মজাঃ ।৪০।
সসূতাশ্বধ্বজং তস্য স্যন্দনং তঞ্চ মারিষ ? । আচিতং সমপশ্যাম শ্বাবিধং শললৈরিব ।৪১।
স গাঢ়বিদ্ধঃ ক্রুদ্ধশ্চ তোত্ত্রৈর্গজ ইবার্দ্দিতঃ । গান্ধর্ব্বমস্ত্রমায়চ্ছদ্রথমায়াঞ্চ ভারত ।৪২।
অর্জ্জুনেন তপস্তপ্ত্বা গন্ধর্ব্বেভ্যো যদাহৃতম্ । তুম্বুরুপ্রমুখেভ্যো বৈ তেনামোহয়তাহিতান্ ।৪৩।
একঃ স শতধা রাজন্ ! দৃশ্যতে স্ম সহস্রধা । অলাতচক্রবৎ সংখ্যে ক্ষিপ্রমস্ত্রাণি দর্শয়ন্ ।৪৪।

---

অমতদা ককৃথত্তুনা থাদখি ॥৩৪॥ মহারাজ ! নাপল্ তৌরবা, অভিমন্যুগী মথ্‌রাই লৌরনি হায়না রাশকৃলদ্বা রুক্মরথগী মথ্‌রাইদুম্ অভিমন্যুনা মীকূপ অমদা লৌথোকৃপ্রে । মাসি উবদা লান্দা য়াম্না হৈরবা, সনা চৎলবা কিয়াম্না লৈতেংবা রথদা তোংবা, শল্য মচা রুক্মরথ হায়বত্তুগী চহী মতাং মান্নবা, মরূপ নিংথৌ মচাশিংনা পুন্নম্না হৌদুনা অভিমন্যুরোম্‌দা তেন্না নোংচুবগুম্ কাপ্‌শিল্লকলে ॥৩৫—৩৭॥ মতম্ অদুদ', মহৈদা মশিংদা, মপাঙ্গল্দা, থৌনাকবদা মশকৃমতোদা, কন্‌বদা মথস্তুনি হায়বা য়ারবা অভিমন্যুদা মথোয় ময়াম্ চত্তুনা কাপশিল্লকই অভিমন্যুবু তেন্না পূম্‌রোম্ য়োমপ্রে । মাঙ্গ উবদা দুর্য্যোধন অসি থোইদোক্না নুংঙাইখি, অভিমন্যু অ স ওসি যমালয় য়ৌথেদনা হায়না খল্লখি ॥৩৮—৩৯॥ মথোয় ময়াম্ অদুনা কাপশিল্লকৃপা সনানা তেন্না তেকৈ পান্‌থা থৌরবা তেল্‌গী অমদি খুৎলায় মথল্ মথম্না কূপ্‌খিবদা অভিমন্যু অসি মশক্ উথিদ্রে ॥৪০॥

ঈকায়খুম্নবগী মশক ওইরবা মহারাজ ! শবৌবু ঐথোয়না শাংল শাংলবা তিংখংঙুম্বা, চপ্‌চপ্‌ য়ুংনা হৌবা পৌরবা মতুনা কূপশিন্না উবগুম্না, কনাগী শগোলশু রথশু সারথিশু অভিমন্যু মশামকপুম্ব তেন্না চপ্‌চপ্‌ য়ুংনা পূম্‌কূপ কুম্নহৃ উখি ॥৪১॥ ভরত শাগেগী অথোইবা ! শামু কাতী থায়বা, শাউরবা শামু অমগী মতৌঙুম্বা শাউরবা অভিমন্যুনা মতম্ অদুদা গান্ধর্ব্বাস্ত্র পুথোক্‌লুনা লান্দা থম্ থেংনা হৈবগী খুদম্ উৎখি ॥৪২॥ মপা অর্জ্জুননা তপস্যাগী পাম্বেনা তুম্বুরুনচিংবা গন্ধর্ব্বশিংদগী ফংঙকপা অস্ত্রকপা শাস্ত্র অমদি খিত্তা পূম্বন্থ মচা অভিমন্যুনা উত্‌না য়েক্নবশিংবু পূম্‌নমক অমংখৎখি ॥৪৩॥ মহারাজ ! অভিমন্যুনা খুদৈল খুমা খুৎলোয় মনাম্ অদুবু

রথচর্য্যাস্ত্রমায়াভির্মোহয়িত্বা পরন্তপঃ । বিভেদ শতধা রাজন্ । শরীরাণি মহীক্ষিতাম্ ॥৪৫॥
প্রাণাঃ প্রাণভৃতাং সংখ্যে প্রেষিতা নিশিতৈঃ শরৈঃ । রাজন্ ! প্রাপুরমুং লোকং শরীরাণ্যবনিং যযুঃ ॥৪৬॥
ধনূংষ্যশ্বান্ নিয়ন্তৄংশ্চ ধ্বজান্ বাহূংশ্চ সাঙ্গদান্ । শিরাংসি চ শিতৈর্ভল্লৈস্তেষাং চিচ্ছেদ ফাল্গুনিঃ ॥৪৭॥
চূতারামো যথা ভগ্নঃ পঞ্চবর্ষঃ ফিলোপগঃ । রাজপুত্রশতং তদ্বৎ সৌভদ্রেণ নিপাতিতম্ ॥৪৮॥
ক্রুদ্ধাশীবিষসঙ্কাশান্ সুকুমারান্ সুখোচিতান্ একেন নিহতান্ দৃষ্ট্বা ভীতো দুর্য্যোধনোঽভবৎ ॥৪৯॥
রথিনঃ কুঞ্জরানশ্বান্ পদাতীংশ্চাবমর্দ্দিতান্ । দৃষ্ট্বা দুর্য্যোধনঃ ক্ষিপ্রমুপায়াত্তমমর্ষিতঃ ॥৫০॥
তয়োঃ ক্ষণমিবাপূর্ব্বঃ সংগ্রামঃ সমপদ্যত । অথাভবত্তে বিমুখঃ পুত্রঃ শরশতার্দ্দিতঃ ॥৫১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
অভিমন্যুবধে দুর্য্যোধনপরাজয়ে চত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

কাপ্প কাপ্প লালকমগী মকম্ পূবদা পুম্নো য়োনা শোরুরকপহুদা অভিমন্যু অসি মরাম্না লিশিং লিশিং লখা লখা থোক্না উথি ॥৪৪॥ মহারাজ ! মতম্ অসিদা লান্দা মপা লৈতনা হৈশিংলবা অভিমন্যুনা অমুক্তনা য়েক্লবা চাম-চাম লিশিং লিশিংবু নৈথাইরকলে ॥৪৫॥ অভিমন্যুগী থৌর থৌরবা খুৎলায়না পান্বদা কল্লবা য়েক্লবা চাম চাম লিশিং লিশিংনা খুদক খুদক্তা লালকম্দগী যমালয়দা চৎনখি ॥৪৬॥ অভিমন্যুনা মীকুপ অমমম্গী মনুংদা য়েক্কশিংবু মাগী মাগী শগোল্ সারথি রথ কিরান্গা লোয়ননা মতুপ্ মতুপ্ কক্তুনা থাদখি ॥৪৭॥ মুংশিংনা, চহী মঙা ওয়রক্লবা মহৈ য়াম্লগদবা হৈনৌপাম্বীনা থল্লবা হৈনৌবনবু থূদেকলকপহুগুম্না অভিমন্যুনা নিংথৌ-নিংথৌ মচাশিং অহুবু লিশিং লিশিংনা থুঙ্গৌং ওইহনা কক্থংলহলে ॥৪৮॥ শাউরবা, মহুকল্লবা লিল অমমম্গী মতৌগুম্না নিংথৌ মচাশিং অহুবু হাক্চিল্লকপসিদা দুর্য্যোধন অসি মিপাইরকলে ॥৪৯॥ শগোল্ শামু রথী পুম্বা তুম্না নৈথাইরকপসি উবদা থোইনা শাউরবা দুর্য্যোধন অসি অভিমন্যু তম্না কুপ্পিল্লকই ॥৫০॥ মীকুপ অমগী মনুংদা তম্থিবা কংনা ওল্লবা লাঙ্গাও অম থোক্খি । অহুগী তুংদা দুর্য্যোধন অসি অভিমন্যুগী মাঙদা লেপ্প ঙম্দহনা, মথান্ন ওন্থুনা চেন্খি ॥৫১॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যুবধগী মনুংদা দুর্য্যোধন পরাজয়গী নীকুন্তবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

# শ্রীমহাভারতম্

## একচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ

### নিফুমাথোইশুবা অধ্যায়

( ক্রাথগী মচা হাৎপা )

—:( * ):—

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

যথা বদসি মে সূত। একস্য বহুভিঃ সহ। সংগ্রামং তুমুলং ঘোরং জয়ঞ্চৈব মহাত্মনঃ ॥১॥
অশ্রদ্ধেয়মিবাশ্চর্য্যং সৌভদ্রস্যাথ বিক্রমম্। কিন্তু নাত্যদ্ভুতং মন্যে যেষাং ধর্ম্মো ব্যপাশ্রয়ঃ ॥২॥
( যুগ্মকম্ )
দুর্য্যোধনে চ বিমুখে রাজপুত্রশতে হতে। সৌভদ্রে প্রতিপত্তিং কাং প্রত্যপদ্যন্ত মামকাঃ ॥৩॥

সঞ্জয় উবাচ

সংশুষ্কাস্যাশ্চলনেত্রাঃ প্রস্বিন্না রোমহর্ষিণঃ। পলায়নকৃতোৎসাহা নিরুৎসাহা দ্বিষজ্জয়ে ॥৪॥
হতান্ ভ্রাতৄন্ পিতৄন্ পুত্রান্ সুহৃৎসম্বন্ধিবান্ধবান্। উৎসৃজ্যোৎসৃজ্য সংজগ্মুস্ত্বরয়ন্তো হয়দ্বিপান্ ॥৫॥
( যুগ্মকম্ )
তান্ প্রভগ্নাংস্তথা দৃষ্ট্বা দ্রোণো দ্রৌণির্বৃহদ্বলঃ। কৃপো দুর্য্যোধনঃ কর্ণঃ কৃতবর্ম্মাথ সৌবলঃ ॥৬॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ—সঞ্জয়। নহাক্না, অভিমন্যু মথন্তগা অকনবশিংগা শোক্নরকপসিদা, অভিমন্যু মহাক্না জয় ওইবগী ৱারী অসি ঐঙোন্দা জীরক্নি। মতাং অসিদা অভিমন্যুগী অঙকপা কংবা মপাঙ্গল অসিদা ঐগী য়াম্না চিংনকম্ ওইবা মকম্ অমনি। অদুবু ঐ চিংনজে, চিংনয়রোই ; ময়মদি মথোয়দা ধর্ম্ম (অচুম্বা) হায়বদুনা মীচঙ ওইনা য়াওয়িনে সঞ্জয়। ॥১—২॥
করে, অসি লৈখিসনু। দুর্য্যোধননা কায়রদুনা চেল্লবদা কৌরব পক্কী অকনবশিংনা অভিমন্যু য়োমদা করি অমুক্ লমন থুমনবা তৌরি ? ॥৩॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ। মহারাজগী পক্কী অকনবশিং অসি মায়থোং জাংশিন্‌খিদুনা, মমীৎ মনা ঊথক থক্‌না জমাংনা মশা পুমচোৎ চোৎনদুনা, মতু চুংদুনা, চেন্‌গদবগী থৌরাং তৌনদুনা, মাগী মাগী মরূপ মপাং শাইগ নাইজে হুন্দোক্নরমদুনা, মাগী মাগী অকং অকংবা মাহনদা তোংখৎনদুনা লানকম্‌দগী চোৎলনা চেল্লরকলে ॥৪—৫॥ মহারাজ। মখোয়না চেল্লরকপনি, উবদা দ্রোণ, অশ্বত্থামা, বৃহদ্বল, কৃপ, দুর্য্যোধন, কর্ণ, কৃতবর্ম্মা, শকুনি মখোয়সি খোইদোক্না শাউশিদুনা, মায়খিবা কংল্লিবা অভিমন্যু ভয়া

অভ্যধাবন্ সুসংক্রুদ্ধাঃ সৌভদ্রমপরাজিতম্। তে তু পৌত্রেণ তে রাজন্। প্রায়শো বিমুখীকৃতাঃ ॥৭॥

( যুগ্মকম্ )

একস্তু সুখসংবৃদ্ধো বাল্যাদ্দর্পাচ্চ নির্ভয়ঃ। ইষ্বস্ত্রবিন্মহাতেজা লক্ষ্মণোঽর্জুনিমভ্যয়াৎ ॥৮॥
তনয়ং বেক্ষ্য পিতা পুত্রগৃদ্ধী ন্যবর্ত্তত। অনু দুর্য্যোধনস্যান্তে ন্যবর্ত্তন্ত মহারথাঃ ॥৯॥
তং তেঽভ্যসিঞ্চন্ শরবর্ষৈর্মেঘা গিরিমিবাম্বুভিঃ। স তু তান্ প্রমমাথৈকো বিষ্বগ্বাতো যথাম্বুদান্ ॥১০॥
পৌত্রং তব চ দুর্দ্ধর্ষং লক্ষ্মণং প্রিয়দর্শনম্। পিতুঃ সমীপে তিষ্ঠন্তং শূরমুদ্যতকার্ম্মুকম্ ॥১১॥
অত্যন্তসুখসংবৃদ্ধং ধনেশ্বরসুতোপমম্। আসসাদ রণে কার্ষ্ণির্মত্তো মত্তমিব দ্বিপম্ ॥১২॥

( যুগ্মকম্ )

লক্ষ্মণেন তু সংগম্য সৌভদ্রঃ পরবীরহা। শরৈঃ সুনিশিতৈস্তীক্ষ্ণৈর্বাহ্বোরুরসি চার্পিতঃ ॥১৩॥
সংক্রুদ্ধো বৈ মহাবাহুর্দণ্ডাহত ইবোরগঃ। পৌত্রস্তব মহারাজ। তব পৌত্রমভাষত ॥১৪॥
সুদৃষ্টঃ ক্রিয়তাং লোকো হ্যমুং লোকং গমিষ্যসি। পশ্যতাং বান্ধবানাং ত্বাং নয়ামি যমসাদনম্ ॥১৫॥
এবমুক্ত্বা ততো ভল্লং সৌভদ্রঃ পরবীরহা। উৎসসর্জ্জ মহাবাহুর্নির্ম্মুক্তোরগসন্নিভম্ ॥১৬॥
স তস্য ভুজনির্ম্মুক্তো লক্ষ্মণস্য সুদর্শনম্। সুনসং সুভ্রু কেশান্তং শিরোঽহার্ষীৎ সকুণ্ডলম্।

---

মুজিল্লকই। অদুবু মহারাজ। অভিমন্যুনা মখোয়গী অয়াম্বু মমায় ওন্দুনা চেল্হন্খি ॥৬—৭॥ অদুবু, মুংঙাই য়াইক মরক্ত চাউরবা, অঙাং ওইরিবা অকিঅখং লৈতবা, মরিল লৈরবা, লক্ষ্মণ কৌবা দুর্য্যোধনগী মচানিপাদি অভিমন্যু তয়া হোল্লিজি ॥৮॥ মচাবু মুংশিল্লরবা দুর্য্যোধননা লক্ষ্মণগী মতুং ইন্নখি। অতৈ অতৈ পাত্রমিত্র মহারথীশিংনসু দুর্য্যোধনগী তুংইন্নখি ॥৯॥ অদুগী তুংদা নোংনা চীঙথক্ত হৈথরকপগুম্, লাম্নী পুন্নমক অসিনা অভিমন্যুগী মথক্ত খুৎলায় মপৈ মপৈনা নোংচুপগুম্ চুথহল্লকলে। নোংলৈনা নোংপুম্ব হাইদোকখিবগুম্, অভিমন্যুনা অদুক য়াম্ব খুৎলায়শিং অদুবু মায়কৈ পুম্বদা হাইদোক্হন্খি ॥১০॥

অসিগীতুংদা ময়ায় কারবা শাম্ন অমনা ময়ায় কারবা কিব লৈত্রবা শাম্ন অমগী মনাক্ত য়াথিল্লবগী চঙশিল্লকপগুম্, মহারাজগী নশূঈবুত্তো অঙাং ওইরিবা মশক মত্তৌ নীঙথিজরবা কল্লবা মথৌনা লৈরবা, মপাগী মনাক্তসু লৈরিবা কুবেরগী মচাগুম্বা লক্ষ্মণ হায়বসিনা লীক্লং থাংগত্লনা লৈরিবা মকম্ অদুদা অভিমন্যুস্থ প্রপ্রাপ্ চঙশিল্লকই ॥১১—১২॥ লক্ষ্মণ হায়বসিনা থৌয় থৌরবা তেন্না অভিমন্যুগী থবাক্ত-পাম্বোম্দা কয় কয় থাবা হোৌরকলে ॥১৩॥ মহারাজ। মতম্ অসিদা চৈনা মুথ্রবা লিলগুম্না শাউরবা অভিমন্যুনা লক্ষ্মণদ অম্মা হায়রকই—॥১৪॥ "লক্ষ্মণ। নহাক তাইবংপান অসিবু মুন্না য়েংজহৌরো। মরম্দি, নহাক ওহাক্ত মত্তায়রে, পরলোক তায় চংখিলকৌরা। ওসি নংবু নপা নপলশিং অসিগী মমাঙমত্তদা যমালয়দা পাখিগে" ॥১৫॥ অসি হায়রগা, কল্লবা, য়েক্লবত্তম্বা অভিমন্যুনা; মকুহরবা, মহুপুরবা লিলগী মাল্লৌওরবা শাংলবা তা অম লক্ষ্মণ তয় লাংওকই ॥১৬॥ অভিমন্যুনা লাংওকপা তা অদুনা, শাইশিল্লকপুনা লক্ষ্মণগী কজরবা নীওম, নাতোল,

লক্ষ্মণং নিহতং দৃষ্ট্বা হাহেত্যাক্রুশুর্জনাঃ ॥১৭॥
ততো দুর্য্যোধনঃ ক্রুদ্ধঃ প্রিয়ে পুত্রে নিপাতিতে। হতৈনমিতি চুক্রোশ ক্ষত্রিয়ান্ ক্ষত্রিয়র্ষভঃ ॥১৮॥
ততো দ্রোণঃ কৃপঃ কর্ণো দ্রোণপুত্রো বৃহদ্বলঃ। কৃতবর্ম্মা চ হার্দ্দিক্যঃ ষড়্ রথাঃ পর্য্যবারয়ন্ ॥১৯॥
স তান্ বিদ্ধা শিতৈর্ব্বাণৈর্বিমুখীকৃত্য চার্জ্জুনিঃ। বেগেনাভ্যপতৎ ক্রুদ্ধঃ সৈন্ধবস্য মহদ্বলম্ ॥২০॥
আবব্রুস্তস্য পন্থানং গজানীকেন দংশিতাঃ। কলিঙ্গাশ্চ নিষাদাশ্চ ক্রাথপুত্রশ্চ বীর্য্যবান্।
তৎ প্রসক্তমিবাত্যর্থং যুদ্ধমাসীদ্বিশাংপতে। ॥২১॥
ততস্তৎ কুঞ্জরানীকং ব্যধমদ্ধৃষ্টমার্জ্জুনিঃ। যথা বায়ুনিত্যগতির্জলদান্ শতশোঽম্বরে ॥২২॥
ততঃ ক্রাথঃ শরব্রাতৈরার্জ্জুনিং সমবাকিরৎ। অথেতরে সন্নিবৃত্তাঃ পুনর্দ্রোণমুখা রথাঃ।
পরমাস্ত্রাণি ধুন্বানাঃ সৌভদ্রমভিদুদ্রুবুঃ ॥২৩॥
তান্ নিবার্য্যার্জ্জুনির্ব্বাণৈঃ ক্রাথপুত্রমথার্দ্দয়ৎ। শরৌঘেণাপ্রমেয়েণ ত্বরমাণো জিঘাংসয়া ॥২৪॥
সধনুর্ব্বাণকেয়ূরৌ বাহূ সমুকুটং শিরঃ। ছত্রং ধ্বজং নিয়ন্তারমশ্বাংশ্চাস্য ন্যপাতয়ৎ ॥২৫॥

---

চিনবান অমদি শমূনা লৈতেং ওইরবা, অদুগা কুণ্ডলনাইম্ন হাইছয়রবা মাকোং অনীনা লৈতেং ওইরবা, কোক অদু লৈমায়থক্তা কেলহন্‌খি। লক্ষ্মণবু হাৎখিবসি উবদা, মকম্ অদুদা লৈরিবশিং অদুনা খোঙ্গ্রেন্ চৌনা হাহাকার লাউনখি ॥১৭॥ নুংশিরবা মচা হাৎখিবদু উবদা থোইদোক্লা শাউরবা দুর্য্যোধননা ময়াম্‌দা "অভিমন্যু অসি হৌজিমক হাৎলু"—হায়না লাউরকুই ॥১৮॥ অদুগীতুংদা দ্রোণ, কৃপ, অশ্বত্থামা, বৃহদ্বল, হৃদিককী মচা কৃতবর্ম্মা হায়রিবা রথী তরুক অসিনা অভিমন্যুবু কোয়শিন্‌খ্রে ॥১৯॥ মতম্ অদুদা, থোইদোক্লা শাউরবা অভিমন্যুনা ময়াম্ অদুবু শাথিনা মায়থীবা পীরম্লগা, জয়দ্রথগী পাকচাউরবা লান্মী মপেনা লৈরিবা অদোম্‌দা পাইশিন্‌খি ॥২০॥

মতম্ অসিদা লালগী মপুং ফানা শেম্‌শারবা, কলিঙ্গ অমদি নিষাদ দেশগী লান্মীশিংনা অদুগা ক্রাথগী মচানিপা কল্লবা রথীনা শগোল শামু রথ দোলাই খোঙমী লান্মীশিংগা লোয়নননা অভিমন্যুগী লম্বী থিংদুনা থম্‌খি। অদুদগী অকনবা লাঙ্গাও অম থোকখি ॥২১॥ নোংমদোম্বক্ত পাইরিবা নোং মতুম মতুম্বু নুংশিৎনা মকম ময়াং খণ্ডনা পাইথোকহনখিবদুগুম্না অভিমন্যুনা য়েক্লবশিং অদুগী মুম মুমবা রাং চাউরবা শামুশিং অদুবু লোইনা নৈহৎখি ॥২২॥ অসিগীতুংদা অকনবা ক্রাথপুত্রনা থোর থোরবা তেনগী মপেনা অভিমন্যুগী মশাবু পুম্‌কুপ, কুপ্‌খি। অসিগী মরক্তা দ্রোণনচিংবা রথী মহারথীশিং অদু অমুক্ক চেন্‌শিল্লক্‌লা অভিমন্যুগী অকোয়বদা লেপ্লে ॥২৩॥ লেপ্লরিবা-চেন্‌শিল্লক্লিবা লান্মীশিং অদুবু অভিমন্যুনা ভাক্‌খোক্‌লা থম্লগা ক্রাথগী মচানিপা অকন্নবদুবু নৈথা কৌখি ॥২৪॥ ওহাক লৈরগা, অভিমন্যুনা ক্রাথপুত্র অদুগী লীকং তেন, তান্ (পাথোম্‌কাথী), খুজীনচিংবনা লৈতেংলবা পাখোম্ অনীদুবু, কুকুপ লৈতেংলবা মকোক অদুদু, অদুগা মহাকী শগোল লাউখি কিয়ালনচিংবশিং অদুবু কক্লা লৈমায়থক্ত থাদখি ॥২৫॥

কুলশীলক্রতবৈঃ কীর্ণ্যা চাপ্রবলেন চ । যুক্তে তস্মিন্ হতে বীরাঃ প্রায়শো বিমুখাঽভবন্ ॥২৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
অভিমন্যুবধে ক্রাথপুত্রবধে একচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

শাগৈজাত্ত মথৌনা মরিশ্না, মিংচত্তা, শাস্ত্রগী জ্ঞানদা, মহৈমশিংদা চঙখোক্রবা ক্রাথপুত্রনা শিশিবসি উবদা, অহুকয়াম্বা কৌরবকী অকনবশিং অহু কায়হুনা চেন্নথে ॥২৬॥

মকম্ অসিদা মহাভারতকী শ্লোক লিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা শেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যুবধগী মপুংদা "ক্রাথপুত্রবধ"গী নিকুমাথোইগুপা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## দ্বিচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ

( অভিমন্যুগী মপাঙ্গল-মথৌনা )

নিফুনিথোইগুবা অধ্যায়ঃ

—:○:—

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

তথা প্রবিষ্টং তরুণং সৌভদ্রমপরাজিতম্। কুলানুরূপং কুর্ব্বাণং সংগ্রামেষ্বপলায়িনম্ ॥১॥
আজানেয়ৈঃ সুবলিভির্যান্তমশ্বৈস্ত্রিহায়নৈঃ। প্লবমানমিবাকাশে কে শূরাঃ সমবারয়ন্ ॥২॥ (যুগ্মকম্)

সঞ্জয় উবাচ।

অভিমন্যুঃ প্রবিশ্যৈব তাবকান্ নিশিতৈঃ শরৈঃ। অকরোৎ পার্থিবান্ সর্ব্বান্ বিমুখান্ পাণ্ডুনন্দনঃ ॥৩॥

ধৃতরাষ্ট্রনা হায় ঃ—সঞ্জয়! অমুক মায়থীবা কংজ্রিবা, পাখং মপুং ফারবা, মপামপুগী বংশগী মতু ইন্না থবক তৌগবা, লালকম্দা নীঙহন্নদবা অভিমন্যুনা মতৌ অদুম্না জয়দ্রথগী লাম্বী তেজোল মপৈবু থুগাইদুনা চঙশিল্লকপ মতম্সিদা, অদুগা কজরবা কহুবা হৈরবা চহী কুন্থ্রাগুবা শগোলশিং অদুগী পাম্বৈনা, নোংমদোম্বক্কা অভিমন্যুনা পাইশিল্লকপগুম্ চঙশিল্লকপ মতম্সিদা ঐখোয়গী কৌরবপক্কগী অকনবা কনাকনানা মাবু থিংখিবগে অদুগা মাখী মায়োক্ মাখিবগে ॥১–২॥ সঞ্জয়না হায় ঃ—মহারাজ! পাণ্ডবপাক্কী সুগাইনবগী মপক্ ওইরবা, অভিমন্যুনা

তং তু দ্রোণঃ কৃপঃ কর্ণো দ্রৌণিশ্চ সবৃহদ্বলঃ। কৃতবর্ম্মা চ হার্দ্দিক্যঃ ষড়্‌রথাঃ পর্য্যবারয়ন্ ॥৪॥
দৃষ্ট্বা তু সৈন্ধবে ভারমতিমাত্রং সমাহিতম্। সৈন্যং তব মহারাজ। যুধিষ্ঠিরমুপাদ্রবৎ ॥৫॥
সৌভদ্রমিতরে বীরমভ্যবর্ষন্ শরাম্বুভিঃ। তালমাত্রাণি চাপানি বিকর্ষন্তো মহাবলাঃ ॥৬॥
তাংস্তু সর্ব্বান্ মহেষ্বাসান্ সর্ব্ববিদ্যাসু নিষ্ঠিতান্। ব্যষ্টম্ভয়দ্রণে বাণৈঃ সৌভদ্রঃ পরবীরহা ॥৭॥
দ্রোণং পঞ্চাশতাবিধ্যদ্বিংশত্যা চ বৃহদ্বলম্। অশীত্যা কৃতবর্ম্মাণং কৃপং ষষ্ট্যা শিলীমুখৈঃ ॥৮॥
রুক্মপুঙ্খৈর্মহাবেগৈরাকর্ণসমচোদিতৈঃ। অবিধ্যদ্দশভির্বাণৈরশ্বত্থামানমার্জ্জুনিঃ ॥৯॥
কর্ণঞ্চ কর্ণিনা কর্ণে পীতেন নিশিতেন চ। ফাল্গুনির্দ্বিষতাং মধ্যে বিব্যাধ পরমেষুণা ॥১০॥
পাতয়িত্বা কৃপস্যাশ্বাংস্তথোভৌ পার্ষ্ণিসারথী। অথৈনং দশভির্বাণৈঃ প্রত্যবিধ্যৎ স্তনান্তরে ॥১১॥
ততো বৃন্দারকং বীরং কুরূণাং কীর্ত্তিবর্দ্ধনম্। পুত্রাণাং তব বীরাণাং পশ্যতামবধীদ্বলী ॥১২॥
তং দ্রৌণিঃ পঞ্চবিংশত্যা ক্ষুদ্রকাণাং সমার্পয়ৎ। বরং বরমমিত্রাণামারুজন্তমভীতবৎ ॥১৩॥
স তু বাণৈঃ শিতৈস্তূর্ণং প্রত্যবিধ্যত মারিষ। পশ্যতাং ধার্ত্তরাষ্ট্রাণামশ্বত্থামানমার্জ্জুনিঃ ॥১৪॥
ষষ্ট্যা শরাণাং তং দ্রৌণিস্তিগ্মধারৈঃ সুতেজনৈঃ। উগ্রৈর্নাকম্পয়দ্বিদ্ধ্বা মৈনাকমিব পর্ব্বতম্ ॥১৫॥

---

জয়দ্রথগী লাম্মী তেঙ্গোলবু নমথেক্লুনা চত্তক্লুনা কৌরবপক্ষগী অকনবা লান্মীশিং অহুবু মমায় ওন্দুনা চেলহনখি ॥৩॥ মতম অদুদা দ্রোণ, কৃপ, কর্ণ, অশ্বত্থামা, বৃহদ্বল অদুগা, হার্দিককী মচা কৃতবর্ম্মা মথোয় তরুক্ অসিনা অভিমন্যুবু খিংখি ॥৪॥ মহারাজ। অমরোমদনা কমদৌরি, জয়দ্রথগী মথুক্তা ভার পূর্বা শিন্নথে হায়বসি উবদা কৌরবলান্মী মপৈ অমনা যুধিষ্ঠিরগী মায়কৈ তয়া চেন্‌শিন্‌খি ॥৫॥ অকনবশিং অহুনা খুহুপ মরি শাংলবা মাগী মাগী লীরুংশিং অহু পায়খত্তুনা অভিমন্যুগী মথক্তা তেন্না নোংচুবগুম্ হৈথরকলে ॥৬॥ য়েক্লবা ওন্না অভিমন্যুনস্তু মথক্তনা অহুকয়াগ্ব রথীশিং অহুবু থিংহুনা থম্‌খি ॥৭॥ অভিমন্যুনা তেল য়াখৈনা দ্রোণদা, কুম। বৃহদ্বলদা, মরিফুনা কৃতবর্ম্মাদা অহুগা তেল হুফ্‌খক্লা কৃপাচার্য্যদা থাখি ॥৮॥ অহুগীতুংদা অভিমন্যুনা, সনানা তেন্না পান্‌বা, থোইদোক্লা থোর য়াওলবা তেল তরাবু নাকোং মরুকংনা লীরী হাপ্লুনা চিংলগা অশ্বত্থামাদা কন্না থাখি ॥৯॥ মরক্ অহুদ, অভিমন্যুনা থোরবা নাপু, মচু মাল্লবা কর্ণি কৌবা তেল্ অমনা অশ্বত্থামাদা কন্না থাখি ॥১০॥

অসিগীতুংদা অভিমন্যুনা, কৃপাচার্য্যগী শগোল মরি, সারথি অনীবু হাৎলগা থোরবা তেল তরানা কৃপাচার্য্যগী মথবাক্ত কন্না থাখি ॥১১॥ মহারাজ! অসিগীতুংদা কন্নবা অভিমন্যুনা, মহারাজগী কন্নবা নচাঈবুঙোশিংগী মাঙ্‌মক্তদা কৌরব শাগৈ মি'চৎ চাওথৎনবগী মশক্ ওইরবা কন্নবা বৃন্দারক হায়বহুবু হাৎখি ॥১২॥ মতৌ অসুম্না অভিমন্যুনা অমদগী অমদা কোমচেল্ চেন্দুনা য়েক্লবা কাণ্ডবুগী মরু মরুওইবা অকন্‌বা কয়াবু হাৎলকপা মতম্‌সিদা অশ্বত্থামানা অভিমন্যুদা থোরবা ক্ষুদ্রক কৌবা মচীন্ তুমবা তেল্ কুন্দতানা কন্না থাখি ॥১৩॥ ধীকাৎখুমনবগী মশক ওইরবা নিংথৌ। অভিমন্যুনস্তু অকনবশিং অহুগী মাঙদা অশ্বত্থামাবু শাখিনা দৈবা হৌরকুদে ॥১৪॥ অহুগী তুংদা অশ্বত্থামানা থোরবা তেল হুফ্‌লা

স তু দ্রৌণিং ত্রিশত্যা হেমপুঙ্খৈরজিহ্মগৈঃ। প্রত্যাবিধ্যন্মহাতেজা বলবানপকারিণম্ ॥১৬॥
তস্মিন্ দ্রোণো বাণশতং পুত্রগৃদ্ধী ন্যপাতয়ৎ। অশ্বত্থামা তথা ষষ্টিং পরীপ্সন্ পিতরং রণে ॥১৭॥
কর্ণো দ্বাবিংশতিং ভল্লান্ কৃতবর্ম্মা চ বিংশতিম্। বৃহদ্বলস্তু পঞ্চাশৎ কৃপঃ শারদ্বতো দশ ॥১৮॥
তাংস্তু প্রত্যবধীৎ সর্ব্বান্ দশভির্দশভিঃ শরৈঃ। তৈরর্দ্দ্যমানঃ সৌভদ্রঃ সর্ব্বতো নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥১৯॥
তং কোশলানামধিপঃ কর্ণিনাঽতাড়য়দ্ধৃদিঃ। স ত্বস্যাশ্বান্ ধ্বজং চাপং সূতঞ্চাপাতয়ৎ ক্ষিতৌ ॥২০॥
অথ কোশলরাজস্তু বিরথঃ খড়্গচর্ম্মভৃৎ। ইয়েষ ফাল্গুনেঃ কায়াচ্ছিরো হর্ত্তুং সকুণ্ডলম্ ॥২১॥
স কোশলানামধিপং রাজপুত্রং বৃহদ্বলম্। হৃদি বিব্যাধ বাণেন স ভিন্নহৃদয়োঽপতৎ ॥২২॥
বভঞ্জ চ সহস্রাণি দশ রাজ্ঞাং মহাত্মনাম্। সৃজতামশিবা বাচঃ খড়্গকার্ম্মুকধারিণাম্ ॥২৩॥
তথা বৃহদ্বলং হত্বা সৌভদ্রো ব্যচরদ্রণে। ব্যষ্টম্ভয়ন্মহেষ্বাসো যোধাংস্তব শরাম্বুভিঃ ॥২৪॥

---

অভিমন্যুদা থারকইদি হায়রবু মৈনাকপর্ব্বতপু নোং মরী মরীনা কম্নিমতা লেণ্ডহনবা ওম্‌দবা অহুওম্না অভিমন্যুবু খোঙ্‌কম্ নামতা কাওবা লেণ্ডহনবা ঙম্‌খিদে ।১৩॥ অসিগী তুংদা মতীকমগুণ মথৌনা লৈরবা অভিমন্যুনা সনানা তেম্না পানবা থৌরবা তেল হুম্ফুতরানা যেক্কবা অশ্বত্থামাদা কম্ন থাখি ॥১৬॥ মতম অসিদা মচা নুংশিজরবা দ্রোণনা তেল চাম অহুগা মপাগী নাক্ত চঙ-শিল্লকালবা অশ্বত্থামানা তেল হুম্ফু অভিমন্যুরোম্‌দা কাপখি ॥১৭॥ অহুগীতুংদা কর্ণনা তেল কুম্নখোই কৃতবর্ম্মানা কুন, বৃহদ্বলনা য়াঙ্খৈ, শরদ্বান্‌গী মচা কৃপনা তেল তরা অভিমন্যুদা কাপলকই ॥১৮॥ মায়কৈ মথিদগী কাপশিল্লকলিবা তেলশিং অসিনা শাথিনা চৈনা পীরক্লবা মতম্‌সিদা অভিমন্যুনস্নু মখোয় খুদিংমক্ত তেল তরা তরা কাপখি ॥১৯॥ মতম্ অসিদা কোশল দেশগী নিংথৌ বৃহদ্বলনা কর্ণি কৌবা থৌরবা, তেল অমনা অভিমন্যুগী মথথাক্তা কম্ন থাখি। মতম্ অহুদা শাউরবা অভিমন্যুনা বৃহদ্বলগী শগোল, ফিম্নাল, লীরুং অমদি সারথিবু মতম্ অমতদা ককথত্তুনা থাদখি ॥২০॥

মতম্ অসিদা রথ য়াওদ্রবা বৃহদ্বলনা থাঙ-চুজোয় পায়থত্তুনা সনাগী কুণ্ডলনাইন্ন লৈতেংলবা অভিমন্যুগী মকোকপু কককে হায়না থন্দুনা চেলশিল্লকই ॥২১॥ মতম্ অহুদা অভিমন্যুনা থৌরবা তেল অম মপা চুম্না কাপশিল্লক্তুনা কোশলদেশগী নিংথৌ মচা কল্লবা বৃহদ্বলগী মথথাক্ত থাখি। মতম্ অহুদা থম্মোয থিনগাইরবা বৃহদ্বল অসি অ্যান য়াওদনা লৈমায়থক্ত চুথাখ ॥২২॥ মতম্ অসিদা মথুৎ মথুত্তা থাঙচুজোয় পায়রবা কল্লবা ক্ষাত্রিয় লিশিংতরানা মতম্ অমত্তদা, য়াক্লবা খোল্লাউনা লাউর লাউরদুনা অভিমন্যুতম্না চেলশিল্লকপা মত্তম্‌সিদা, অভিমন্যুনা মখোয়স্নুবু লোইনা মাথবীবা পীখি ॥২৩॥ মতৌ অসুম্না কল্লবা অভিমন্যুনা বৃহদ্বলবু হুহনদ্রবা তুং অসিদা লালকম্‌গী মফম্ খুদিংদা কোয়চেল চেন্দুনা, হেক চঙশিল্লকলিবা কৌরবলাগী মথৈম্নু থিখি

স কর্ণঃ কর্ণিনা কর্ণে পুনর্বিব্যাধ ফাল্গুনিঃ । শরৈঃ পঞ্চাশতা চৈনমবিধ্যৎ কোপয়ন্ ভৃশম্ ॥২৫॥
প্রতিবিব্যাধ রাধেয়স্তাবদ্ভিরথ তং পুনঃ । শরৈরাচিতসর্বাঙ্গো বহ্বশোভত ভারত । ॥২৬॥
কর্ণং চাপ্যকরোৎ ক্রুদ্ধো রুধিরোৎপীড়বাহিনম্ । কর্ণোঽপি বিব্যথে শূরঃ শরৈশ্চিত্রোঽসৃগাপ্লুতঃ ॥২৭॥
তৌ তথা শরচিত্রাঙ্গৌ রুধিরেণ সমুক্ষিতৌ । বভূবতুর্মহাত্মানৌ পুষ্পিতাবিব কিংশুকৌ ॥২৮॥
অথ কর্ণস্য সচিবান্ ষট্ শূরাংশ্চিত্রযোধিনঃ । সাশ্বসূতধ্বজরথান্ সৌভদ্রো নিজঘান হ ॥২৯॥
তথেতরান্ মহেষ্বাসান্ দশভির্দশভিঃ শরৈঃ । প্রত্যবিধ্যদসংভ্রান্তস্তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৩০॥
মাগধস্য পুনঃ পুত্রং হত্বা ষড়্ভিরজিহ্মগৈঃ । সাশ্বং সসূতং তরুণমশ্বকেতুমপাতয়ৎ ॥৩১॥
মার্ত্তিকাবতকং ভোজং ততঃ কুঞ্জরকেতনম্ । ক্ষুরপ্রেণ সমুন্মথ্য ননাদ বিসৃজন্ শরান্ ॥৩২॥
তস্য দৌঃশাসনির্বিদ্ধা চতুর্ভিশ্চতুরো হয়ান্ । সূতমেকেন বিব্যাধ দশভিশ্চার্জ্জুনাত্মজম্ ॥৩৩॥
ততো দৌঃশাসনিং কার্ষ্ণির্বিদ্ধা সপ্তভিরাশুগৈঃ । সংরম্ভাদ্রক্তনয়নো বাক্যমুচ্চৈরথাব্রবীৎ ॥৩৪॥
পিতা তবাহবং ত্যক্ত্বা গতঃ কাপুরুষো যথা । দিষ্ট্যা ত্বমপি জানীষে যোদ্ধুং ন ত্বদ্য মোক্ষ্যসে ॥৩৫॥

---

অহুগ। মায়থীব। পীথি ॥২৪॥ অসিগীতুংদা অভিমন্যুনা কর্ণ কৌবা তেল অমনা কর্ণগী মনাকোংদা থাখি। অহুদগী মহাক্পু য়াম্না শাউহন্দুনা, তেল্ য়াখৈ অম অমুক্ কর্ণদা থাখি ॥২৫॥ ভরতনন্দন মহারাজ! কর্ণসু মতম্ অসিদা থৌরব তেল কয়া-কয়া অভিমন্যুদা কাপ্‌শিল্লকই। মতম্ অসিদা মশা পুম্বা তেমা পুমযোম্ য়োম্‌খিহুনা অভিমন্যু অসি লাপ্‌কম্‌দা থোইদোক্না নীঙথিজখি ॥২৬॥ মতম্ অসিদা অভিমন্যু অসি থোইনা শাউখিহুনা কর্ণগী মশাদগী ঈগী ইখোং চেন্থহন্‌খি। অকন্‌বা কর্ণনসু অভিমন্যুগী মশাবু ঈহং নাইহং শাহনখি ॥২৭॥ অকনবা অনীসি অমনা অমবু ঈহং নাইহং শাহনখিহুনা অনীমক্ লালকম্ অহুদা ঙাঙ্‌লবা মপায় থল্লবা কুয়াউ পাম্বী অনীগুম্ থোইদোক্না নীঙথিজখি ॥২৮॥ অসিগী তুংদা অভিমন্যুনা কর্ণগী শগোল সারথি, কিয়োল রথগা লোয়মনা কল্লবা খোঙলোয় তরুকপু হাৎখি ॥২৯॥ অহুদগীতুংদা, অমুকসু, অকনবশিং অহুদা মীপুম্ থীৎনা তেল তরা তরানা থাখি। মহুমক অঙকপা অমগুইনা থোকখি ॥৩০॥

অহুগী তুংদা অভিমন্যুনা তেল তরুক্না শগোল মরিগা সারথিগা হাৎলবা তুংদা মগধ দেশগী নিংথৌ জয়ৎসেনগী মচা পাখং কল্লবা অশ্বকেতুবু হাৎখি ॥৩১॥ অহুগী তুংদা অভিমন্যুনা ক্ষুরপ্রীমতোঙুম্ থৌরবা তেল অমনা মার্ত্তিকাবত দেশগী নিংথৌ শামু মথক্ক ভোংলিবা ভোজবু শাথিনা চৈনা পীহুনা খোঙ্গেল হৌনা সিংহনাদ লাউখি ॥৩২॥ মতম্ অহুদা দুঃশাসনগী মচানা চেন্‌শিল্লক্‌না তেল মরিনা অভিমন্যুগী শগোল মরিদা অহুগা তেল অমনা সারথিদা অহুগা অভিমন্যুদা তেল তরানা কয়া থাখি ॥৩৩॥ মতম্ অহুদা শাউরবা অভিমন্যুসু থৌরবা তেল্ তরেৎনা দুঃশাসনগী মচাদা কয়া থারগা অপুম্বা হায়রকই ॥৩৪॥ "হায়! নংগী নপা কহ্রবা দুঃশাসনসু ঐবু কিহুনা লান্‌থকম্ অসি থাদোক্‌না চেনখ্রবনি। মাগুম্ খঙনা খঙনা নংসু ঐগী

এতাবদুক্ত্বা বচনং কর্ণায়ৎপরিম্যাজিত্ম্। নারাচং বিসসর্জাশৈ তং দ্রৌণিস্ত্রিভিরচ্ছিনৎ ॥৩৬॥
তস্যার্জুনির্ধ্বজং ছিত্বা শল্যং ত্রিভিরতাড়য়ৎ। তং শল্যো নবভির্বাণৈর্গার্দ্ধ্রপত্রৈরতাড়য়ৎ।
সুতুসংবাত্তবত্রাপন্। তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৩৭॥
তস্যার্জুনির্ধ্বজং ছিত্বা হত্বোভৌ পার্ষ্ণিসারথী। তং বিব্যাধায়সৈঃ ষড়্ভিঃ সোঽপাক্রামদ্রথান্তরম্ ॥৩৮॥
শত্রুঞ্জয়ং চন্দ্রকেতুং মেঘবেগং সুবর্চ্চসম্। সূর্য্যভাসঞ্চ পঞ্চৈতান্ হত্বা বিব্যাধ সৌবলম্ ॥৩৯॥
তং সৌবলস্ত্রিভির্বিদ্ধা দুর্য্যোধনমথাব্রবীৎ। সর্ব্ব এনং প্রমথ্নীমঃ পুরৈকৈকং হিনস্তি নঃ ॥৪০॥
অথাব্রবীত্তথা দ্রোণং কর্ণো বৈকর্ত্তনো রণে। পুরা সর্ব্বান্ প্রমথাতি ব্রূহ্যস্য বধমাশু নঃ ॥৪১॥
ততো দ্রোণো মহেষ্বাসঃ সর্ব্বাংস্তান্ প্রত্যভাষত। অস্তি বাঽস্যান্তরং কিঞ্চিৎ কুমারস্যাথ পশ্যত ॥৪২॥
অস্য পিতুরিবাদ্য চরতঃ সর্ব্বতো দিশম্। শীঘ্রতাং নরসিংহস্য পাণ্ডবেয়স্য পশ্যত ॥৪৩॥
ধনুর্ম্মণ্ডলমেবাস্য রথমার্গেষু দৃশ্যতে। সন্দধানস্য বিশিখান্ শীঘ্রঞ্চৈব বিমুঞ্চতঃ ॥৪৪॥
আরুজন্নপি মে প্রাণান্ মোহয়ন্নপি সায়কৈঃ। প্রহর্ষয়তি মাং ভূয়ঃ সৌভদ্রঃ পরবীরহা ॥৪৫॥

---

মাঙ্দা লাক্লবদি, ঐগী খুত্তগী লাম্থোক্পা ওম্বরোইদৌবনি" ॥৩৫॥ রাহৈ অসি হায়রগা অভিমন্যুনা ময়েত্নম্ মচীন্ শাবা তেন্ অমনা দুঃশাসনগী মচাদা কপ্পা থারগা তেন্ অহুম্ অম অমুক্ কাপ্-শিল্লক্লুনা মহাক্কী মথ্নাই লৌখি ॥৩৬॥ অহুগী তুংদা অভিমন্যুনা অশ্বত্থামাগী কিরালবু কক্থৎলগা তেল অহুম অমনা শল্যদা কপ্পা থাখি। মতম্ অহুদা শল্যনা করিমত্ত লেঙ্দনা লৈরগা থৌরবা তেল মাপন্ন অভিমন্যুগী থজীনদা কপ্পা থাখি। মাদুমক অঙকপা থবক ওইনা থোকখি ॥৩৭॥ মতম অদুদা অভিমন্যুনা শল্যগী কিরালবু কক্থৎলগা মহাক্কী তুংথংবা খোঙলোয় অনীবু হাৎখি। অহুদগী থৌরবা য়োৎকী তেল অমনা শল্যদা থাখি। মহৎদগীদি শল্যনা রথ অহু থাদোক্লুনা অতোপ্পা রথ অমদা চোংথৎখি ॥৩৮॥ অহুগী তুংদা অভিমন্যুনা শত্রুঞ্জয়, চন্দ্রকেতু, মেঘবেগ, সুবর্চ্চা অমদি সূর্য্যভাস হায়বা অকনবা মঙ্গ অসিবু হাৎলগা শকুনিদা শাখিনা থাখি ॥৩৯॥ মতম অসিদা শকুনিনা তেল অহুম্না অভিমন্যুদা থারগা দুর্য্যোধনদা অসুম্না হায়রকই :—“নিংথৌ! ঐখোয় ময়াম চঙজুনা অভাং অসি হাৎহৌসি। নত্রবদি মহাক্না ঐখোয় অমমম্ মথং মথং শোয়দনা হাৎখিবা তারে।” ॥৪০॥ কর্ণনা দ্রোণদা অসুম্না হায়রকই :—“আচার্য্য! অকনবা অভিমন্যু কোবসি খর লৈরবদি ঐখোয় পুম্নমকপু তুম্ন হাৎলগনি। অহুনা মাসিবু থুনা হাৎননব তৌহৌসি; মাহুগী উপায় অহুম্ন আচার্য্যনা তাকপিয়ু” ॥৪১॥ দ্রোণনা রথী শিং অদুদা হায়রকই :—“মথাক্না অভিমন্যুগী অকোম্বা অহোবনচিংব কোম ককাদি উবিরব্রা?” ॥৪২॥ পাণ্ডুগী বংশদা পোক্লবা অকনবা অভিমন্যু হায়বসিনা লানৃকমগী মকথ পুম্বদা কোমৌ য়োনা চেল্লকপা মতমসিদা মহাক্কী অথুবা খোঙচৎ অসি মুম্ন য়েংউ ॥৪৩॥ মহাক্না কয়াগী মতীক্ থুনা মাঙ্না কায়গে হায়ববু লীবী হায়। হায়া, তেল থোংমথোংনা, লীবী চিংনা চিংনা, তেল কাপ-কাপা মাগী লীক্লং অসি কোয়বৈ লৈহ্লুনা লৈবা চক্র অমত্তম্ উবি ॥৪৪॥

অতি মাং নন্দয়ত্যেব সৌভদ্রো বিচরন্ রণে। অন্তরং যস্য সংরব্ধা ন পশ্যন্তি মহারথাঃ ॥৪৬॥
অস্যতো লঘুহস্তস্য দিশঃ সর্ব্বা মহেষুভিঃ। ন বিশেষং প্রপশ্যামি রণে গাণ্ডীবধন্বনঃ ॥৪৭॥
অথ কর্ণঃ পুনর্দ্রোণমাহার্জ্জুনিশরাহতঃ। স্থাতব্যমিতি তিষ্ঠামি পীড্যমানোঽভিমন্যুনা ॥৪৮॥
তেজস্বিনঃ কুমারস্য শরাঃ পরমদারুণাঃ। ক্ষিণ্বন্তি হৃদয়ং মেঽদ্য ঘোরাঃ পাবকতেজসঃ ॥৪৯॥
তমাচার্য্যোঽব্রবীৎ কর্ণং শনকৈঃ প্রহসন্নিব। অভেদ্যমস্য কবচং যুবা চাশুপরাক্রমঃ ॥৫০॥
উপদিষ্টা ময়া চাস্য পিতুঃ কবচধারণা। তামেব নিখিলাং বেত্তি ধ্রুবং পরপুরঞ্জয়ঃ ॥৫১॥
শক্যন্ত্বস্য ধনুশ্ছেত্তুং জ্যা চ বাণৈঃ সমাহিতৈঃ। অভীষবো হয়াশ্চৈব তথোভৌ পার্ষ্ণিসারথী ॥৫২॥
এতৎ কুরু মহেষ্বাস! রাধেয়! যদি শক্যতে। অথৈনং বিমুখীকৃত্য পশ্চাৎ প্রহরণং কুরু ॥৫৩॥
সধনুষ্কো ন শক্যোঽয়মপি জেতুং সুরাসুরৈঃ। বিরথং বিধনুষ্কঞ্চ কুরুষ্বৈনং যদীচ্ছসি ॥৫৪॥
তদাচার্য্যবচঃ শ্রুত্বা কর্ণো বৈকর্ত্তনস্ত্বরন্। অস্যতো লঘুহস্তস্য পৃষৎকৈর্ধনুরচ্ছিনৎ ॥৫৫॥

---

য়েক্নবগুম্ব, সুভদ্রাগী মচা অসিনা ঐহোন্দা অকনবা চৈনা অমদি ঐনু ভুমহন্নুনা অরাব পীরিদ হায়বনু, অকনবা পাখং অসিনা ঐগী থম্মোয়দা মহা আনন্দ অম পোক্‌হল্লি ॥৪৫॥ অভিমন্যুনা হঙ্গংহন্দা চত্নুনা মথন্তনা য়েক্নবশিংগা শোক্নরিবসি উবদা দ্রোণ ঐগী থম্মোয়দা ভমখৈ লৈতনা অপেনবা সুংগাইবা পোক্‌লি, মহাক্কী মশাদা অহোবা অকোম্বা, দোষ অমত্ত উবা ফংনদ্রি ॥৪৬॥ মথুং থুরনা অভিমন্যুনা তেস্তনা মায়কৈ পুম্নম্ মমুহনখ্রে। অহুনা লান্দা, মপা অর্জ্জুনগা মাগা খেন্নরিবসি কদাইদনো হায়বহু উবা ফংদ্রে ॥৪৭॥ অহুম্ তৌরিবৈমক্তদা, অভিমন্যুগী তেন্না মশাদা পাল্লবা কর্ণন-দ্রোণদা অসুম্না হায়রকই ঃ— "আচার্য্য! লালুকমদগী চেনবা হৌনদে হায়বগীদ তুক লৈরিবনি, নক্সবদি ভসাইনা চেপ্পগদবনি।" ॥৪৮॥ "তেজ লৈরবা, মরিল লৈরবা অভাং আসগী খুংলায়না ঐবু থম্মোয়দা খাউভমদবা চৈনা অমদি অরা অনা পীরি" ॥৪৯॥ কর্ণগী ব তাবদা দ্রোণনা নোক্ক মোক্না হায়রকই—"কর্ণ! মহাক্কী লালকুরিৎ আসে ককুপা খিনগাইবা য়াদবনি। মহাক্কি পাখং মথোৎ কারকপগী খম্ থেংনা কাখংলক্লি। অসিগী মথক্ত অমনা পাকৃতফম্রবা অমগা ওইরি ॥৫০॥ ঐনা মাগী মপা অর্জ্জুনদা লালকুরিৎ লাংপগী বিধিপুম্বা মপুং ফানা তম্বখি। মাহ্ন ঈকায় কায়দনা মচা অভিমন্যুসিন্ন লালকুরিৎ অহ্নু শিজিন্নরি ॥৫১॥ হৌজিক থাম্ন চেকশিন্না মুম্না মাগী অহোবা য়েন্নুনা মাগী লীক্র: তেল অমদি শগেলগী চুপ্পী অসি কপ্‌থংপা য়াই। মাগী মতুংদা লেপ্পিবা সারথি অনি আসিমু কক্‌থংপা য়াই; মাসি ওইথোক্তবা নত্তে ॥৫২॥ অহুনা অকনবা কর্ণ! মসি থোক্নবসি নংনা তৌ, মাগী মতুংদা নাহেনা থবকপুম্বসি পাঙথোকপা তৌ ॥৫৩॥ মাগী মশাদা লীক্ন: তেল আসি য়াওরিবমখৈ পাইহিংবাবা কনা অমত্তমত্ত মহাকপু অম তৌবা ভমলোই। অমুনা মহাকপু ভমগে হাংবকে হায়না মখল্লবদি মহাকপু রথ অমদি লীক্ন: তেল য়াওদবা

অথাশ্বানবধীদ্দ্রোণো গৌতমঃ পার্ষ্ণিসারথী। শেষাস্তু ছিন্নধন্বানং শরবর্ষৈরবাকিরন্ ॥৫৬॥
ত্বরমাণাস্ত্বরাকালে বিরথং ষণ্মহারথাঃ। শরবর্ষৈরকরুণা বালমেকমবাকিরন্ ॥৫৭॥
স ছিন্নধন্বা বিরথঃ স্বধর্ম্মমনুপালয়ন্। খড়্গচর্ম্মধরঃ শ্রীমানুৎপপাত বিহায়সা ॥৫৮॥
মার্গৈঃ স কৌশিকাদ্যৈশ্চ লাঘবেন বলেন চ। আর্জ্জুনির্ব্যচরদ্ব্যোম্নি ভৃশং বৈ পক্ষিরাড়িব ॥৫৯॥
ময্যেব নিপতত্যেষ সাসিরিত্যূর্দ্ধদৃষ্টয়ঃ। বিব্যধুস্তং মহেষ্বাসং সমরে ছিদ্রদর্শিনঃ ॥৬০॥
তস্য দ্রোণোঽচ্ছিনন্মুষ্টৌ খড়্গং মণিময়ত্সরুম্। ক্ষুরপ্রেণ মহাতেজাস্ত্বরমাণঃ সপত্নজিৎ ॥৬১॥
অসিচর্ম্মেষুপূর্ণাঙ্গঃ সোঽন্তরিক্ষাৎ পুনঃ ক্ষিতিম্। আস্থিতশ্চক্রমুদ্যম্য দ্রোণং ক্রুদ্ধোঽভ্যধাবত ॥৬২॥

স চক্ররেণূজ্জ্বলশোভিতাঙ্গো বভাবতীবোজ্জ্বলচক্রপাণিঃ।
রণেঽভিমন্যুঃ ক্ষণমাস রৌদ্রঃ স বাসুদেবানুকৃতিং প্রকুর্ব্বন্ ॥৬৩॥

---

খোঙমী অম ওইহল্লু ॥৫৪॥ সূর্য্যগী মচা কর্ণনা দ্রোণাচার্য্যনা অকৃপা অসিগী মতুংইন্না, অভিমন্যুনা অমরোমদা যান্না কল্ল শোক্লারভেদা, তুংলোমদা, নাহেল্লা কর্ণনা চঙ্শিল্লকুনা মাগী লীক্লা অন্ন ককথৎখি ॥৫৫॥ দ্রোণনা মাগী শগোল মরিবু অহুগা কৃপনা সারথি অনীনু ককথৎখি। অতৈ অহোল্লা রথী শংনা শগোল সারথি রথ যাওদ্রবা অভিমন্যুগী মথক্তা চেন্না অতংং অথম্ লৈতনা চৈথরক্লে ॥৫৬॥ সুাশ চৈদ্রবা দ্রোণ, কৃপ, কর্ণ, অশ্বত্থামা, দুর্য্যোধন অমাদি শকুনি মপোয তকক অসিনা মাগকৈ থকোযবদা লেপ্তুনা অভিমন্যু মথক্তগী মথক্তা তেন্না নোং চুবক্তম্ চৈথরক্লে ॥৫৭॥ মতম্ অসিদা লীকং তেল ককথৎপিদ্রবা, রথ যাওদ্রবা অভিমন্যু অসি অকনবা ক্ষত্রিয় মচাগী ধর্ম্ম ভাক্তুনা, অকনবগী গুণপুন্না লৈতেং ওইহুনা মথুক্তা থাঙ চুংজোয পাযহুনা লালকম্ যয়াবদা চোংশিল্লকই ॥৫৮॥ মতম্ অহুদা অভিমন্যু অসি থাঙগী খোঙচং-খোঙথাংগী নিযম শিধি কাগদনা পেচকগাত (মকুগা খোঙচৎ শাখেক) নাচংবা পক্তি ক্ষারদনা অকনবশিং অহুগী মরক্তা কোয়চং চত্তুনা শোক্লরক্লে ॥৫৯॥ মতম্ অহুদা "মথুক্তা থাঙ পায়রিবা অভিমন্যু অসনা ঐগী ঈথক্ত চোংশিল্লকপা তারে" হায়না রথীশিং অহুনা খল্লুনা মগকলোম্দা য়েংথক্তুনা, মাগী অহোবা অকোম্বা যেংহুনা অভিমন্যুদা অতংং অথম্ লৈতনা কাপ শল্লকলে ॥৬০॥ তাঙ্গা অসিদা পুনা যাত্রনা দ্রোণনা নাহেল্লা অভিমন্যুগী থাঙ অহুম্ খুঠম্ মপকমক্তদা ককথৎখি ॥৬১॥ অসুম্না নোংথক্তা লৈহুনা শোক্লরম্না অভিমন্যু অসি থাঙ চুংজোয় ককথৎপিদ্রবা অহুদা লৈথাযথক্তা চোংথরক্তুনা, চক্র অম পাযহুনা দ্রোণদা হোৎচিল্লকই। মতম্ অসিদা অভিমন্যুগী মশা অসি ঈনা পুম্বক্তে চৈথ্রে ॥৬২॥ মতম্ অসিদা অভিমন্যু অসি চক্র অহুগী লংলবা মশেক মতাম্না অমদি হৌরকপা মৈগী মৈথুনা পুম্বকুপ কুপথিন্না খোইদোক্ত নীঙথিজখি। চক্র অহুগী মশেক মতাম্না অভিমন্যু অসি লালকম্দা খোইদোক্না নীঙথিজখি। চক্র পাম্বা অভিমন্যু অসিনা কৃষ্ণগী পক্তিগী মতুংইন্না হায়বদি কৃষ্ণনা তৌবক্তম্ চক্র অম পাযহুনা

ক্ষতরুধিরকৃতৈকরাগবক্ত্রো ভ্রুকুটিপুটাকুটিলোঽতিসিংহনাদঃ ।
প্রভুরমিতবলো রণেঽভিমন্যুর্নৃপবরমধ্যগতো বিরাজতে স্ম ॥৬৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি অভিমন্যুবধে অভিমন্যুপরাক্রমে দ্বিচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

লালকয়দা কদ্রগী মূর্ত্তি পুখ্রে ॥৬৩॥ মতম্ অসিদা অভিমন্যুগী কীজোল অয়াম্বা হীকৃথ নাম্বগে। মশা-মকি মরোল পুম্বা ঈনা পুম্নুপ লুপখ্রে। কীভম অসি য়োরবা কাওবদা অশাউবগী মীৎয়েং য়েংলা, পীগুম শৃক্কোক্লি। সিংহনাদ কম্না কম্না লাউরি। মতম্ অসিদা অভিমন্যু অসি কনবা য়েক্লবশিং অতুগী ময়ায়দা অকনবগী গুণনা লৈতেং ওইহনা থোইদোক্না নীঙথিজরম্মি ॥৬৪॥

মকম্ অসিদা মহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যুবধগী মনুংদা অভিমন্যুপরাক্রমগী নিফুনিখোইগুবা অধ্যায় লোইবে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## সপ্তত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ।

( যুধিষ্ঠিরগী বিলাপ )

নিফুহুমদোইশুবা অধ্যায়ঃ ।

—ঃ(০)ঃ—

সঞ্জয় উবাচ ।

বিষ্ণোঃ স্বসুর্নন্দকরঃ সা বিষ্ণ্বায়ুধভূষিতঃ । রয়াজাতিরথঃ সংখ্যে জনার্দ্দন ইবাপরঃ ॥১॥
মারুতোদ্ধূতকেশাগ্রমুদ্যতাবরায়ুধম্ । বপুঃ সমীক্ষ্য পৃথ্বীশা দুঃসমীক্ষ্যং সুরৈরপি ॥২॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—শ্রীকৃষ্ণগী মচনুপী সুভদ্রাগী মচা মথুক্তা চক্র অম পায়হনা লৈরিবা, অভিমধি ওইবা অভিমন্যু অসি লালকম্ অহনদা অনীগুবা কৃষ্ণ অমগুম্ থোইদোক্না অকিবা কংনা নীঙথিজখি ॥১॥ দুর্দশিংনা হুযদা মুরবা শম্জোইনা মায়ৈগপুৎপা পুম্চোই চাইনা হাউ-হুক্লি। শাক্ত শাদাহ থোঙিম হেন্ন কজখি। মথুক্তা চক্র অহনা থোইদোক্না নীঙথিজনা পুংয়ান্

আসীৎ পরমকো হর্ষস্তাবকানাং বিশাংপতে। ইতরেষান্তু বীরাণাং নেত্রেভ্যঃ প্রাপতজ্জলম্ ॥১৯॥
অন্তরীক্ষে চ ভূতানি প্রাক্রোশন্ত বিশাংপতে। দৃষ্ট্বা নিপতিতং বীরং চ্যুতং চন্দ্রমিবাম্বরাৎ ॥২০॥
দ্রোণকর্ণমুখৈঃ ষড়্ভির্ধার্ত্তরাষ্ট্রৈর্মহারথৈঃ। একোহয়ং নিহতঃ শেতে নৈষ ধর্ম্মো মতো হি নঃ ॥২১॥
তস্মিন্ বিনিহতে বীরে বহ্বশোভত মেদিনী। দ্যৌর্যথা পূর্ণচন্দ্রেণ নক্ষত্রগণমালিনী ॥২২॥
রুক্মপুঙ্খৈশ্চ সংপূর্ণা রুধিরৌঘপরিপ্লুতা। উত্তমাঙ্গৈশ্চ শূরাণাং ভ্রাজমানৈঃ সকুণ্ডলৈঃ ॥২৩॥
বিচিত্রৈশ্চ পরিস্তোমৈঃ পতাকাভিশ্চ সংবৃতা। চামরৈশ্চ কুথাভিশ্চ প্রবিদ্ধৈশ্চাম্বরোত্তমৈঃ ॥২৪॥
রথাশ্বনরনাগানামলঙ্কারৈশ্চ সুপ্রভৈঃ। খড়্গৈঃ সুনিশিতৈঃ পীতৈর্নির্মুক্তৈর্ভুজগৈরিব ॥২৫॥
চাপৈশ্চ বিবিধৈশ্ছিন্নৈঃ শক্ত্যৃষ্টিপ্রাসকম্পনৈঃ। বিবিধৈশ্চায়ুধৈশ্চান্যৈঃ সংবৃতা ভূরশোভত ॥২৬॥
(কলাপকম্)

বাজিভিশ্চাপি নির্জীবৈঃ শ্বসদ্ভিঃ শোণিতোক্ষিতৈঃ। সারোহৈর্বিষমা ভূমিঃ সৌভদ্রেণ নিপাতিতৈঃ ॥২৭॥

---

মহারাজ! মতম্ অসিদা মহারাজগী পক্ষগী লাম্মী পুম্বা হরাউ নুংঙাইনখি। অদুগা পাণ্ডবপক্ষগী অকনবা পুম্বা তেংথা নাওইনা কপ্পখি। মমীত্তগী মপ পিস্বনখি ॥১৯॥ মহারাজ! নোংমদোম্বক্তগী জোরক্‌প থাজগুম্ অভিমন্যুনা লৈমায়থাক্ত তাত্তুনা লৈবত্তু উবদা নোংমদোন্দা লৈবা সিদ্ধচারণ পুম্বনা থম্মোয় শোক্না লাউনখি ॥২০॥ দ্রোণ কর্ণনচিংবনা, মখোয় তরুক চঙ্‌ত্তুনা মী অমত্তু হাৎপা হায়বসি য়াম্ম ধর্ম্ম কায়বা চুম্‌দবা থবক্তি হায়বসি মখোয়গী পুক্নীংদা মরীক্ অরুতপ্প থন্‌খিদে ॥২১॥ ক্ষত্রিয় ধর্ম্মগী চপ্‌ চাবা মপৌ তোরম্মগা লালকম্‌দ তুরিবা অকনবা অদু লাল্‌কম্ অদুদু, থরানমিচাক্‌ ঈকোয় কোয়রবা মপুং ফাবা থাদা নোংমদোন্ মকোয়বু ফজতনবগুম্‌ ৎোইদোক্‌পা ফজতল্লম্মি ॥২২॥ ঈতনা লৈখোম্ পীং পীং খোক্রবা অকনবা লাম্মীশিংগী মণিমুক্তা হৎলবা কুণ্ডলনাইবা লৈতেংবা কোক্‌না থল্লবা, শগোল শামু কয়া কয়াগী সনা লুপা হৎলবা ফিজোল্লা মফম্ পুম্বনা, পুম্‌চাই চাইনা তারবা, শগোল শামু খোঙমী লিশিং লিশিংগী মপোৎ মচৈ মখল মখল্ল থল্লবা, মণিমুক্তা থাম্লবা চুংজোয় কয়া কয়ানা, লিলগী মতোংগুম্লবা ঈ তৈরবা থাঙশাং কয়া কয়ানা, লীরুং তেল তানাচিংবা খুৎলায় কয়া কয়ানা পুমচাই চাইনা তারবা লাল্‌কম্ অদু থোইদোক্‌পা নীওথিরম্মি ॥২৩—২৬॥ অভিমন্যু মথন্তনা হাৎলম্বা খোঙ্‌মী কয়া কয়ানা, ঈহং নাইহং শানব শিত্তুনা লৈরিবা শগোল শামু কয়া কয়ানা লাল্‌কম্ লৈমায় অদু লৈকুৎ লৈতোং লৈরবা মফম্ অম ওইহল্লম্মি ॥২৭॥ চীঙ্‌মুক্‌ রাং চাউরবা শামু কয়া কয়ানা তেম্মা, অমদি অতোপ অতোপ্প খুংলায়না। নৈহত্তুনা ঈনা পুম্‌প্‌ লুপ্তুনা মখোয় মখোয়গী ফিজোল, লৈতেংগা লোয়নননা, অগৌবা মী (মাউং) গা লোয়নননা লৈমায়থক্ত তুরি। গু-লিম্মচিংবা জলজন্ত পুম্মক্‌ হাৎথবা ঈথক হৌরবা ঈপাক্‌য়া অতোংবা অখৌবা সারথি রথী শগোম্মচিংবা য়াওত্রবা রথশিং অহুনা চোম্ম্‌ চোম্মপ্‌ তাগুনা

সাঙ্কুশৈঃ সমহামাত্রৈঃ সবর্ম্মায়ুধকেতুভিঃ । পর্ব্বতৈরিব বিধ্বস্তৈর্বিশিখৈর্ম্মথিতৈর্গজৈঃ ।২৮।
পৃথিব্যামনুকীর্ণৈশ্চ ব্যশ্বসারথিযোধিভিঃ । হ্রদৈরিব প্রক্ষুভিতৈর্হতনাগৈ রথোত্তমৈঃ ।২৯।
পদাতিসংঘৈশ্চ হতৈর্বিবিধায়ুধভূষণৈঃ । ভীরূণাং ত্রাসজননী ঘোররূপাভবন্মহী ।৩০। (বিশেষকম্)
তং দৃষ্ট্বা পতিতং ভূমৌ চন্দ্রার্কসদৃশদ্যুতিম্ । তাবকানাং পরা প্রীতিঃ পাণ্ডূনাঞ্চাভবদ্ব্যথা ।৩১।
অভিমন্যৌ হতে রাজন্ । শিশুকেঽপ্রাপ্তযৌবনে । সংপ্রাদ্রবচ্চমূঃ সর্ব্বা ধর্ম্মরাজস্য পশ্যতঃ ।৩২।
দীর্য্যমাণং বলং দৃষ্ট্বা সৌভদ্রে বিনিপাতিতে । অজাতশত্রুস্তান্ বীরানিদং বচনমব্রবীৎ ।৩৩।
স্বর্গমেষ গতঃ শূরো যো হতো ন পরাঙ্মুখঃ । সংস্তম্ভয়ত মা ভৈষ্ট বিজেষ্যামো রণে রিপূন্ ।৩৪।
ইত্যেবংস মহাতেজা দুঃখিতেভ্যো মহাদ্যুতিঃ । ধর্ম্মরাজো যুধাং শ্রেষ্ঠো ব্রুবন্ দুঃখমপানুদৎ ।৩৫।
যুদ্ধে হ্যাশীবিষাকারান্ রাজপুত্রান্ রণে বহূন্ । পূর্ব্বং নিহত্য সংগ্রামে পশ্চাদার্জ্জুনিরভ্যগাৎ ।৩৬।
হত্বা দশ সহস্রাণি কৌশল্যঞ্চ মহারথম্ । কৃষ্ণার্জ্জুনসমঃ কার্ষ্ণিঃ শক্রলোকং গতো ধ্রুবম্ ।৩৭।
রথাশ্বনরমাতঙ্গান্ বিনিহত্য সহস্রশঃ । অবিতৃপ্তঃ স সংগ্রামাদশোচ্যঃ পুণ্যকর্ম্মকৃৎ ।

লাল্‌ফম্ ঈপাক অদু ঈথক হৌবগুম্ তোরি। মাগী মাগী খুৎশুখুংলায় লৈতেংগা লোয়নবা খোঙথৌ লাশং লৈশংনা লাল্‌ফম্ অদুদা তাহনা—শিহনা লৈরি। মতম্ অসিদা লাল্‌ফম্ অসি অকবগী মূর্ত্তি অমা পুহনা অউবাশিংগী থম্মোয়দা মিপাইবা অকিবমু ওমথৈ লৈতনা পোকহল্লে ॥২৮—৩০॥ নুমিৎগী মতৌগুম্ ফজরবা কল্লবা অভিমন্যুনা লৈমাথক্তা তাহনা লৈবদু উবদা কৌরবপক্ষগী মীপুম্বা থোইনা হরাউ তরাম্‌খি। পাণ্ডবপক্ষগী লাম্মী পুম্বা মায়থোং লাংশনখি ॥৩১॥ নহা ওইরিবা কল্লবা অভিমন্যুনা তুবদু উবদা পাণ্ডবপক্ষগী লাম্মী পুম্বা যুধিষ্ঠিরগী মাঙমক্তদা হৌ—হৌ চেন্নরে ॥৩২॥ অভিমন্যুনা শিগ্রবাসিদা, লাম্মী ময়াম্না কায়রদুনা চেন্‌বাসি উবদা যুধিষ্ঠিরনা পাণ্ডবপক্ষগী অকন্‌বাশিংদা অসুম্না হায়রকই ঃ—॥৩৩॥

" অকন্‌বা মহাক্তি, নাউহন্নদনা লাম্থোংনহুনা ,
স্বর্গ কাখ্রে নুংঙাইনা, ঐখোয়দি কারি থনহুনা
চেন্‌গনি লালফম্‌সিদগী, কনামত কিবিগনু থোইনা ।
য়েক্লবা জয় তৌননবা, হোৎনফম্ খোকই ঐখোয়না ॥৩৪;

লাম্মী অখোইবা অকন্‌বা, তপ্‌থৈবা যুধিষ্ঠিরনা লাম্মীশিংদা অসুম্না হায়রগা মশাগী অরাব নুংঙাইতবা পুম্বা থাদোকখি। অমুকমু অসুম্না হায়রকই ঃ—॥৩৫॥ অকন্‌বা অভিমন্যু হায়বদুনা, লাল্‌ফম্‌দা ক্ষত্রিয়না তৌগদবা চপ্ চাবা খুদম পীবরম্নপা মহাক্না হাৎলখ্রা অকন্‌বাশিং অদুগী তুংইন্নবিখ্রে ॥৩৬॥ কৃষ্ণ-অর্জ্জুনমক্না মান্নবা অভিমন্যু হায়বদু অকনবা রথী লিশিং লিশিংবু হাৎলম্লগা, অদুগা কল্লবা মহারথী বৃহদ্বলবুসু হাৎলম্লগা স্বর্গদা কাখ্রবনি। শোয়দনা ইন্দ্র লোকত লৈরম্মগনি ॥৩৭॥ "অভিমন্যু কৌবা অকনবদুদি শগোল শামু রথী মহারথী লিশিং

নিরস্তজিহ্বাদশনান্ত্রলোচনৈর্মহী বভৌ ঘোরবিরূপদর্শনা ॥৪৫॥
প্রবিদ্ধবর্ম্মাভরণাম্বরায়ুধা বিপন্নহস্ত্যশ্বরথানুগা নরাঃ ।
মহার্হশয্যাস্তরণোচিতাস্তদা ক্ষিতাবনাথা ইব শেরতে হতাঃ ॥৪৬॥
অতীব হৃষ্টাঃ শ্বশৃগালবায়সা বকাঃ সুপর্ণাশ্চ বকাস্তরক্ষবঃ ।
বয়াংস্যসৃক্পাশ্চ রক্ষসাং গণা পিশাচসংঘাশ্চ সুদারুণা রণে ॥৪৭॥
ত্বচো বিনির্ভিদ্য পিবন্ বসামসৃক্ তথৈব মজ্জাঃ পিশিতানি চাশ্নুবন্ ।
বপাং বিলুম্পন্তি হসন্তি রাক্ষসাঃ প্রকর্ষমাণাঃ কুণপান্যনেকশঃ ॥৪৮॥
শরীরসংঘাতবহা হ্যসৃগ্জলা রথোড়ুপা কুঞ্জরশৈলসঙ্কটা ।
মনুষ্যশীর্ষোপলমাংসকর্দ্দমা প্রবিদ্ধনানাবিধশস্ত্রমালিনী ॥৪৯॥
ভয়াবহা বৈতরণীব দুস্তরা প্রবর্ত্তিতা যোধবরৈস্তদা নদী ।
উবাহ মধ্যেন রণাজিরে ভৃশং ভয়াবহা জীবমৃতপ্রবাহিনী ॥৫০॥ ( যুগ্মকম্ )

---

শাদোং অহুনা মাগী মাগী শৌরম্বা অতোংব মী অহু য়াওদহনা খুৎলায়না নৈহৎ নৈহত্তুনা শিবনা মখোয়গী ঈ-নাই খোয়রী লিলশাং মরৈ, মনাতোল, কোৎথোক্লবা মীৎশিং অহুনা মতং মতং তাহনা, মাহুগী মনমৃত্যক্তনা লালকম্ অহু তুক্কচবা অমদি অকিবগী মশক্ পুখি ॥৪৫॥ মখল মখা অয়াম্বা মমল যাম্রবা মোম্নুম্ মোম্তেক মথক্তা চেপ্পদা মতীক্ চায়বা নিংথৌ অমদি কন্নবা নিংথৌমচা কয়া কয়ানা অত্তেকপা রথশিং মনাক্তা, অশিব শগোল শামুশিংগী মনাক্তা মথ্‌াই য়াওদনা তা-তাহনা লৈরি। মখোয়গী মশাদা শেৎলম্বা-খোম্রম্বা মাক ময়োল-লৈতেং কয়া কয়ানা পুম্‌চাই চাইনা তারি ॥৪৬॥ হুই, লমহুই, কাক, উংয়োক, লাওজাগী জাৎ কয়া কয়ানা অহুগা হুইগী মওং মানবা কৈ, কৈজেংলাং, কবোকৈ, মশাচাবাং ঈথকপা উচেক্ কয়া কয়ানা অকিবগী অকি অথংগী খোল্লাউগা লোইননা কাতু-কায়ল্ চেল্লি-পাইরি। ভূতপ্রেত তম্বথা লাইশিংনা জগোঈ শা-শায়হনা হয়াও তয়াম্ব চোং চোং চৎলি ॥৪৭॥ শাহিং ওাহিং চাবা জীবশিংনা লাল-কম্‌দা তারিবা লাশ্মীশিংগী মৎথাক শেগায়হনা, লালকুরিৎ থদত্তুনা ঈ থক্লি, মখোয় মরিল চিংখোকলি ভূতপ্রেত হিংচা রাইতম্বাশিংনা, মগাও মতোংশিং অহু কোৎকোত্তুনা চারি। মখোয় মশামক খেক্র খেক্রা অহুগা কাক্‌কাক্ লাউনা নোকলি ॥৪৮॥ মাহুগী হুমৎকী লাম্বা অকল্‌বা ক্ষত্রিয় লাশ্মীশিংনা কুরুক্ষেত্র কোব। লালকম্ অহুদা, বৈতরণী তুরেলগুম্বী ঈগী তুরেল অম ঈচেল কন্না চেল্লহল্লখি। লালকম্‌দা শিয়বশিং অহুগী মশা, মখোয় মথুৎনচিংবহ ঈগী তুরেল অহুদা চেল্লহল্লি। তুরেল অহুগী মকম্ মকম্‌দা চাউয় চাউরবা শামুগী মশানা চীজুম্বে অমমতম্ শিন্ শিল্লুনা লৈরি। ঈতনা তুরেল অহুগী ঈশিংনি। তাউখরিবা মথশিং অহু হি অমমাম্ব্রী মশক্তি। মূরুম্ মচা মচানা ভাউখমকলিবা তক্‌কোকশিং অহুনা ওইরি। শদুম্ তক মমেক মহাউরিয়া শীৎ শীৎ লাউনা থোকপা নৈথোব ওইরি। জেরাচিংবা খুৎলাই মচা কয়া

পিবন্তি চাশ্নন্তি চ যত্র দুর্দ্দৃশাঃ পিশাচসংঘাশ্চ নদন্তি ভৈরবাঃ।
সুনন্দিতাঃ প্রাণভৃতাং ভয়ঙ্করাঃ সমানভক্ষাঃ শ্বসৃগালপক্ষিণঃ ॥৫১॥
তথা তদায়োধনমুগ্রদর্শনং নিশামুখে পিতৃপতিরাষ্ট্রবর্দ্ধনম্।
নিরীক্ষমাণাঃ শনকৈর্জ্জহুর্নরাঃ সমুত্থিতোন্মত্তাকবন্ধসঙ্কুলম্ ॥৫২॥
অপেতবিধ্বস্তমহার্হভূষণং নিপাতিতং শক্রসমং মহারথম্।
রণেঽভিমন্যুং দদৃশুস্তদা জনা ব্যপোঢ়হব্যং সদসীব পাবকম্ ॥৫৩॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
অভিমন্যুবধে অভিমন্যুপতনে ত্রিচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

কয়ানা ঈনুং অহুদা হৌরিবা চরাং ইশংনচিংবা ওইরি ॥৪৯—৫০॥ মচৌঙ্গাক মাম্নবা তুষ্ট, লমহুই লাউজানচিংবা উচেকশিংনা, তম্থিনা আকবগী মশক ওইরবা ভূতপ্রেতশিংগা লেপমিন্ কম্মিন্নহুনা ঈথুজোক্ খুজোক্ থক্ মন্নবি, শা শেংশেন্তুনা চামিন্নরি ॥৫১॥ সন্ধ্যাগী মম্শিল্লক্রবা মতম্সদা কৌরবপাণ্ডব পক্ষ অনীমকী মীনা লালকম্দা, লৈমায়থকী ফুকযুৎ হৌগত্তুনা জগোই শারক্লবা হয়াউনা চোংলিবা শরুকতগী হকচাংশিং অহ য়েংয়েংহুনা মাগী মাগী লালশংদা তপ্না তপ্না চণ্ডশিন্নখি ॥৫২॥ অহুগা, গাম্মীশং অহুনা, লালকম্দা তুহনা লৈরবা, ইন্দ্রগুম্ কল্লবা অতিরথী ওইরবা অভিমন্যুবু হন্না হন্না য়েংনরে। অভিমন্যুগী মশা অহু হোম তৌবা লোইখ্রবা, যজ্ঞ কুণ্ডগী মৈগুম্ মশেক্ মঙাল যাওদনা তাহুনা লৈরম্ম। মমল্ য়াম্নবা মফি মরোল্ লৈতেংশিংনা মায়কৈ মরদা পুম্চাই চাইহুনা তারে ॥৫৩॥

মকম্ আসদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যুবধগী মন্নদা "অভিমন্যুপতন"গী নিফুল্হুমদোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥*॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## চতুশ্চত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ

### নিফুমরিশুবা অধ্যায়

( অভিমন্যুগীদমক্ যুধিষ্ঠিরনা তেংথোবা )

—:(*):—

সঞ্জয় উবাচ।

তস্মিংস্তু নিহতে বীরে সৌভদ্রে রথযূথপে। বিমুক্তরথসন্নাহাঃ সর্ব্বে নিক্ষিপ্তকার্ম্মুকাঃ ॥১॥
উপোপবিষ্টা রাজানং পরিবার্য্য যুধিষ্ঠিরম্। তদেব দুঃখং ধ্যায়ন্তঃ সৌভদ্রগতমানসাঃ ॥২॥
( যুগ্মকম্ )
ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা বিললাপ সুদুঃখিতঃ। অভিমন্যৌ হতে বীরে ভ্রাতুঃ পুত্রে মহারথে ॥৩॥
দ্রোণানীকমসংবাধং মম প্রিয়চিকীর্ষয়া। ভিত্ত্বা ব্যূহং প্রবিষ্টোঽসৌ গোমধ্যমিব কেশরী ॥৪॥
যস্য শূরা মহেষ্বাসাঃ প্রত্যনীকগতা রণে। প্রভগ্না বিনিবর্ত্তন্তে কৃতাস্ত্রা যুদ্ধদুর্ম্মদাঃ ॥৫॥
অত্যন্তশত্রুরস্মাকং যেন দুঃশাসনঃ শরৈঃ। ক্ষিপ্রং হ্যভিমুখঃ সংখ্যে বিসংজ্ঞো বিমুখীকৃতঃ ॥৬॥
স তীর্ত্বা দুস্তরং বীরো দ্রোণানীকমহার্ণবম্। প্রাপ্য দৌঃশাসনিং কার্ষ্ণিঃ প্রাপ্তো বৈবস্বতক্ষয়ম্ ॥৭॥
( বিশেষকম্ )
কথং দ্রক্ষ্যামি কৌন্তেয়ং সৌভদ্রে নিহতেঽর্জ্জুনম্। সুভদ্রাং বা মহাভাগাং প্রিয়ং পুত্রমপশ্যতীম্ ॥৮॥

---

সঞ্জয়না হায় :—মহারাজ! রথী মপৈবু ঙাক্লম্বা বীর অভিমন্যুনা নোংমাথ্রবদা পাণ্ডবপক্ষকী অকন্বা লান্মীশিং অদুনা মাগী মাগী লান্গী হিজেৎ অমাদ খুৎশুথুংলায় থাদোক লংথোক্তুনা তুমিন্ তুমিন্না মরু লুক্তুনা যুধিষ্ঠিরগী অকোয়বদা কম্থনাই ॥১—২॥ মনাও নিপা অর্জ্জুনগী মচা, থরাকদগী চেন্না দুংশিজরবা অভিমন্যুনা শিখিবদু নীংশিংতুনা যুধিষ্ঠির আসি হীক হীক্না কপ্লক্লে ॥৩॥ "ওঃ হাকপনিদা! থৌরবা নোংশানা শলইরোই শঙ্গী মরক্তা হোক্চিনবগুম্ অকন্বা ঈচা অভিমন্যুনা ঐগীদমক্তা দ্রোণগী বেহু থুগাইদুনা মশীং লাকওমদনা য়েক্লবা অকনবা লান্মী লিশিং লিশিংবু চাৎপিরম্মি।" ॥৪॥ কা-চেন্না কম্থোরবা, অচৌবা লীরুং পায়বা, খুৎলায় পূম্বদা হৈশংলবা, য়েক্লবা অকন্বা লিশিং লিশিংনা মথুবাক্ত তুখিম্বা, কল্লবা ফত্রবা দুঃশাসননা চণ্ডশিল্লকপদা তেল অমত্তনা মায়থীবা কংহন্খিবা অদুগা মহাকপু ঙান য়াওদনা রাম্বহন্খিবা, অদুগুম্বা বীর অভিমন্যুনা মথন্তনা কৌরব তেঙ্গোল ঈপাকা চাংজো রাংমা য়োথ্রবদা দুঃশাসনগী মচা করিস্থু লৈত্রবগী মথুক্তা ইহলোক থাদোক্তুনা চৎথ্রে ॥৫—৭॥ মচা শিথ্রবাসদা. ঈনাও নিপা অকন্বা

কিংস্বিদ্বয়মপেতার্থমশ্লিষ্টমসমঞ্জসম্। তাবুভৌ প্রতি বক্ষ্যামো হৃষীকেশধনঞ্জয়ৌ ॥৯॥
অহমেব সুভদ্রায়াঃ কেশবার্জ্জুনয়োরপি। প্রিয়কামো জয়াকাঙ্ক্ষী, কৃতবানিদমপ্রিয়ম্ ॥১০॥
ন লুব্ধো বুধ্যতে দোষান্ লোভান্মোহাৎ প্রবর্ত্ততে। মধুলিপ্সুর্হি নাপশ্যং প্রপাতমহমীদৃশম্ ॥১১॥
যো হি ভোজ্যে পুরস্কার্য্যো যানেষু শয়নেষু চ। ভূষণেষু চ সোঽস্মাভির্ব্বালো যুধি পুরস্কৃতঃ ॥১২॥
কথং হি বালস্তরুণো যুদ্ধানামবিশারদঃ। সদশ্ব ইব সংবাধে বিষমে ক্ষেমমর্হতি ॥১৩॥
নো চেদ্ধি বয়মপ্যেনং মহীমনুশয়ীমহি। বীভৎসোঃ কোপদীপ্তস্য দগ্ধাঃ কৃপণচক্ষুষা ॥১৪॥
অলুব্ধো মতিমান্ হ্রীমান্ ক্ষমাবান্ রূপবান্ বলী। বপুষ্মান্ মানকৃদ্বীরঃ প্রিয়ঃ সত্যপরাক্রমঃ ॥১৫॥
যস্য শ্লাঘন্তি বিবুধাঃ কর্ম্মাণ্যূর্জ্জিতকর্ম্মণঃ। নিবাতকবচান্ জঘ্নে কালকেয়াংশ্চ বীর্য্যবান্ ॥১৬॥
মহেন্দ্রশত্রবো যেন হিরণ্যপুরবাসিনঃ। অক্ষ্ণোর্নিমেষমাত্রেণ পৌলোমাঃ সগণা হতাঃ ॥১৭॥
পরেভ্যোঽপ্যভয়ার্থিভ্যো যো দদাত্যভয়ং বিভুঃ। তস্যাস্মাভির্ন শাকত্রাতুমপ্যাত্মজো বলী ॥১৮॥

( কলাপকম্ )

ভয়ন্তু সুমহৎ প্রাপ্তং ধার্ত্তরাষ্ট্রান্ মহাবলান্। পার্থঃ পুত্রবধাৎ ক্রুদ্ধঃ সৌবলান্ সাদয়িষ্যতি ॥১৯॥

মপা অর্জ্জুনগী, অহুগা মমা লাইবক চাউবী সুভদ্রাগী মচা উদবদ। ওইগদোরা অবস্থাদু উবদা ঐনা করম্না হিংহনা লেগান। মখোযগী মমাঙদা করম্ন হায়বগি উংকনি" ? ॥৮॥ আঃ! কৃষ্ণ-অর্জ্জুনগী মফমদা ঐনা মতৌ করম্না সর্ব্বনাশগী পাউ আসবু তমগনি। ॥৯॥ ঐনা ঈশা ইনস্তগী কাম্নবা (স্বার্থ) যেংহনা, ভসি, কৃষ্ণ অর্জ্জুন সুভদ্রা অহুমগী মফমদা অরানবা মহাপাপকী থবক তৌরে! ॥১০॥ অপাম্বা মীনা, লোভী ওইবা জীবনা পাপ অমদি দোষবু কারমত উদে। পাম্বা-শুমহৎপদগী নত্তবা থবক্তুদা পূক্নীং চাঙভ। খোইহি পামুহনা উকাকবদা অসুম্ন লৈমাযথক্তা তাবকপনা রা অসি ঐ থক খল্লমদ্রে ॥১১॥ তুম্বা হাপ্প চাবদ, চংথোক চঙাশন্দা ঈমাঙ শাহুনা, ঐগা ভাকলৌ ওইদুনা পুগদোবা অঙাং অদুবু ঐনা ভাস, লানফমদা লুচিংবা ওইনা থা জল্লুরে ॥১২॥ অঙাং নম্না ওইরবা, লান্দা খোইনা শিংজাদ্রবা, অভিমন্যুবু অকবা শগোলবু কল্লবা লাল্লক্তা থাজল্লুবগুম থাজিল্লুবাসদা মহাক্লা করম্না মথৎাই পুহুনা লাক দারিবনো! ॥১৩॥ ঐখোযনা অভিমন্যু মাগা লমনশিংন নবগী দমক্তা লালফমদা পুনশিংসমগী অরোইবা যাতিপ্তা হেক মহীপাখদ্রবা তদু ওইরবাদ, ঐখোয়বু অর্জ্জুনগী অশাউবা নু ভাইতবগী মৈনা চাকথেকখিগদৌব মরৈরে ॥১৪॥ অপাম্ব লৈতব, খাইদগী শিংবা, কত্তব থবক্তা ঈকায়খীবা, ভাকাপহেবা, মশক ফজবা, অকনবা, পুকচেলতপ্প-লেম্বা, মীবু ঈকায খুমগনবা, মাযা যাওদনা মশানা কঞ্জব, লাইমরু মাযথীবা পীওমদনা, মরোল অহুম্না থাগৎলবা, নিবাতকবচ-কালকেয়শিংবু মথন্তনা হাৎখিবা, হিরণ্যপুরদা লৈব, ইন্দ্রগী য়েক্কবা পৌলোমকৌবা অসুরসিংবু মীকুপ অমগী মনুদা হাৎখিবা মতিক চাউরবা, জীব কয়াগী অকি অথং কোকহনখিবা অর্জ্জুন মহাক্তী মচাবু ঐখোয় খাইনা কনবা ঙমহৌদ্রবা। ॥১৫—১৮॥

ক্ষুদ্রঃ ক্ষুদ্রসহায়শ্চ স্বপক্ষক্ষয়মাতুরঃ। বাক্ষং দুর্য্যোধনো দৃষ্ট্বা শোচন্ হাস্যতি জীবিতম্ ॥২০॥
ন মে জয়ঃ প্রীতিকরো ন রাজ্যং ন চামরত্বং ন সুরৈকলোকতা।
ইমং সমীক্ষ্যাপ্রতিবীর্য্যপৌরুষং নিপাতিতং দেববরাত্মজাত্মজম্ ॥২১॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
অভিমন্যুবধে যুধিষ্ঠিরবিলাপে চতুশ্চত্বারিংশোহধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

করে, আসিসু লৈখিসনু। অদুগা হৌজিক্ত ধৃতরাষ্ট্র মচাশিংগী মহা সর্ব্বনাশগী মতাংদু লাক্লেদো! মবম্দি অর্জ্জুনন ১০০০ অমত রাত্তমখৈ তুম্ন হাৎলগনি ॥১৯॥ পুকচেলপীরুবা কত্রবা দুর্য্যোধন অসি মচামশূ শাগৈনাইদ পুম্বা হাৎখবগী নু ভাইতবনা মথন্তু মথ্বাই থাজরবনি ॥২০॥ জগৎতা লাম্বা লৈত্রবা অর্জ্জুনগী মচা অভিমন্যুনা শিবসিদা, ঐখোয়দসু, লৈপাক্, সিংহাসন লম্বুম্, স্বর্গগী লাইমক্ ও ইজবা ফংবা হায়রিবশিংসিগী মনুংদা কারিগুম্ব অমতনা নুংঙাইবা পীবা ঙম্মবরোই ॥২১॥

মফম্ আসদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা, সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা, "অভিমন্যুবধ"গী মনুংদা যুধিষ্ঠিরবিলাপকী মরুন বশুব অধ্যায় লোইরে ॥×॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## পঞ্চচত্বারিংশোহধ্যায়ঃ

( ব্যাস লাক্পা )

নিফুমঙাশুবা অধ্যায়

— ঃ(০)ঃ—

সঞ্জয় উবাচ।

অথৈবং বিলপন্তং তং কুন্তীপুত্রং যুধিষ্ঠিরম্। কৃষ্ণদ্বৈপায়নস্তত্র আজগাম্ মহানৃষিঃ ॥১॥
তমর্চয়িত্বা যথান্যায়মুপবিষ্টং যুধিষ্ঠিরঃ। অব্রবীচ্ছোকসন্তপ্তো ভ্রাতুঃ পুত্রবধেন সঃ ॥২॥
অধর্ম্মযুক্তৈর্বহুভিঃ পরিবার্য্য মহারথৈঃ। যুধ্যমানো মহেষ্বাসৈঃ সৌভদ্রো নিহতো রণে ॥৩॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! কুন্তীনন্দন যুধিষ্ঠিরনা অসুম্ হায়রা হায়রদুনা কপলিঙৈ মতমসিদা বেদব্যাস অসি থঙহৌদনা থুঙরে ॥১॥ যুধিষ্ঠিরনা মতীকচানা সম্মানপূজানচিংবা তৌরবা তুংদা ব্যাসনা নীংথিনা চনীঙতানা আসনদা ফমথরবা তুংদা মচা কায়নবগী রারবা

বালশ্চ বালবুদ্ধিশ্চ সৌভদ্রঃ পরবীরহা। অনুপায়েন সংগ্রামে যুধ্যমানো বিনাশিতঃ ॥৪॥
ময়া হ্যুক্তঃ স সংগ্রামে দ্বারং সংজনয়স্ব নঃ। প্রবিষ্টেঽভ্যন্তরে তস্মিন্ সৈন্ধবেন স্ম বারিতাঃ ॥৫॥
ননু নাম সমং যুদ্ধমেষ্টব্যং যুদ্ধজীবিভিঃ। ইদঞ্চৈবাসমং যুদ্ধমীদৃশং যৎ কৃতং পরৈঃ ॥৬॥
তেনাস্মি ভৃশসন্তপ্তঃ শোকবাষ্পসমাকুলঃ। শমং নৈবাধিগচ্ছামি চিন্তয়ানঃ পুনঃ পুনঃ ॥৭॥

## সঞ্জয় উবাচ

তং তথা বিলপন্তং বৈ শোকবাষ্পসমাকুলম্। উবাচ ভগবান্ ব্যাসো যুধিষ্ঠিরমিদং বচঃ ॥৮॥

## ব্যাস উবাচ।

যুধিষ্ঠির। মহাপ্রাজ্ঞ। সর্বশাস্ত্রবিশারদ! ব্যসনেষু ন মুহ্যন্তি ত্বাদৃশা ভরতর্ষভ। ॥৯॥
স্বর্গমেষ গতঃ শূরঃ শত্রূন্ হত্বা বহূন্ রণে। অবালসদৃশং কর্ম্ম কৃত্বা বৈ পুরুষোত্তমঃ ॥১০॥
অনতিক্রমণীয়ো বৈ বিধিরেষ যুধিষ্ঠির।। দেবদানবগন্ধর্ব্বান্ মৃত্যুর্হরতি ভারত! ॥১১॥

---

যুধিষ্ঠিরনা অস্তুম্না হায়খিঃ—॥২॥ "ভগবন্! অভিমন্যু হায়বা কল্লবা ঈচা অঙাং অদুনা অকন্বা মহারাথী কয়াগা থেংনরম্লবা তুংদা, ক্ষত্রবা ধর্ম্ম কায়রবা মহারাথী কয়ানা ঈচা অঙাং অদুবু লালফমুদা হাৎপিখ্রে" ৩॥ অঙাং ওইরিবা, লান্দা মপুংফানা শিংজাদ্রবা, য়েরুপা ওম্বা অভিমন্যুবু কারনু করিস্নু য়াওদ্রবা মতমদা ময়াম চঙহনা হাৎপাখ" ॥৪॥ মহাক্না লাল্ চঙলমদাইদা ঐনা মঙোন্দা "ঈবুংঙো! নহাক্ দ্রোণগী চক্রব্যুহ আসগী থোঙদা তুক্ লেপ্পুনা লৈযু।"—অস্তুম্না হায়খিবনি। অদুবু মহাক্ত বেহহুগা মনুংদা মথন্ত চঙ্‌শন্‌খ্রে। ঐখোয়স্তু মাগী মতুংইনগে হায়না চঙচ্‌বদ, জয়দ্রথনা কল্লা থিংহনা ভাক্তুনা খম্‌খ ॥৫॥ ভগবন্! লালনা মথৌ ওইবা ক্ষত্রিয়াশিংগী মফমদা লাল্ হায়বা পোৎশক্ আসনা অখোই অহেম্নাইদনা চপ্ মান্নবা লৈ। অদুবু, য়েরুবাশিংনা শোক্লাখ্রবা লাল্লোং সাসাদ য়াম্না শোয়খ্রে ॥৬॥ 'অভিমন্যুনা তৌরম্বা মথোনা, মহাক্কী লমচৎ, মহাকপু গাংননবগী দনক্ য়েরুপাশিংনা হম্না হম্না তৌখবা অরান্বা-ধর্ম্ম কায়বা—অসিপুম্বা নীঙাশংঙ্‌বদা থম্মোয় আস পুবা য়াদে, পুক্নিংদা শান্ত কাম্মত্তা লৈতে"॥৭॥ সঞ্জয়না হায়ঃ-যুধিষ্ঠিরনা হীক হীক্না কপ্পুনা অস্তুম্ন হায়রক্লবদা বেদব্যাসনা যুধিষ্ঠিরদা অস্তুম্না হায়খ ॥৮॥ 'অশংবা! শাস্ত্রপুম্বা হৈরবঙলবা! ভারত শাগেগী অখোইবা যুধিষ্ঠির! নহাক্না অশিংবনা আসঙুম্বা তাঞ্জাসদা থম্মোয় শোক্ খক্ রানদে" ॥৯॥ "অভিমন্যু হায়বা নিপা অকন্বদো, কল্লবা লাম্না লিংশং লাশংবু হাৎলমুহুনা অহুনা তাইবং মীনা তৌবা ঙম্মোইদোবা ভাক্তা তৌরম্লগা স্বর্গদা চক্লাখবনি" ॥১১॥ ভারত নন্দন যুধিষ্ঠির—। বিধাতানা তম্‌খিবা-শেমাখবা নিয়মদি খক্ লাম্ভোকপা ঙম্মোই। লাইহিংচাবা, কনাগী দেবদানবনাচংবা জীবপুম্ববু বিধাতানা তাক্লকপা মতম্ নিয়মগী মতুংইন্না মৃত্যু (অশিবা) হায়বহুনা মতম চানা পুখবনি"॥১১॥

স চাপি রাজা রাজেন্দ্র ! পুত্রব্যসনমুত্তমম্ । অপ্রশস্ততমং লোকে প্রাপ্তবানিতি মে মতিঃ ॥২১॥
তদহং সম্প্রবক্ষ্যামি মৃত্যোঃ প্রভবমুত্তমম্ । ততস্ত্বং মোক্ষ্যসে দুঃখাৎ স্নেহবন্ধনসংশ্রয়াৎ ॥২২॥
পুরাবৃত্তমিদং তাত ! শৃণু কীর্ত্তয়তো মম । ধন্যমাখ্যানমায়ুষ্যং শোকঘ্নং পুষ্টিবর্দ্ধনম্ ॥২৩॥
পবিত্রমরিসংঘঘ্নং মঙ্গলানাঞ্চ মঙ্গলম্ । যথৈব বেদাধ্যয়নমুপাখ্যানমিদং তথা ॥২৪॥
শ্রবণীয়ং মহারাজ ! প্রাতর্নিত্যং নৃপোত্তমৈঃ । পুত্রানায়ুষ্মতো রাজ্যমীপ্সমানৈঃ শ্রিয়ং তথা ॥২৫॥
পুরা কৃতযুগে তাত ! আসীদ্রাজা হ্যকম্পনঃ । স শত্রুবশমাপন্নো মধ্যে সংগ্রামমূর্দ্ধনি ॥২৬॥
তস্য পুত্রো হরির্নাম নারায়ণসমো বলে । শ্রীমান্ কৃতাস্ত্রো মেধাবী যুধি শক্রোপমো বলী ॥২৭॥
স শত্রুভিঃ পরিবৃতো বহুধা রণমূর্দ্ধনি । ব্যস্যন্ বাণসহস্রাণি যোধেষু চ গজেষু চ ॥২৮॥
স কর্ম্ম দুষ্করং কৃত্বা সংগ্রামে শত্রুতাপনঃ । শত্রুভির্নিহতঃ সংখ্যে পৃতনায়াং যুধিষ্ঠির ! ॥২৯॥
স রাজা প্রেতকৃত্যানি তস্য কৃত্বা শুচান্বিতঃ । শোচন্নহনি রাত্রৌ চ নালভৎ সুখমাত্মনঃ ॥৩০॥

---

অকম্পন কৌবা নিংথৌগী মচমদা হায়খিবদু অদুগা মাদুগা মরম্ লৈনবা রাজ ইতিহাস-পুরান খঙনহৈবশিংনা লীনৈ ॥২০॥

নিংথৌ অথোইবা ! মমাঙৈদা অকম্পন কৌবা নিংথৌ অদুস্ম মচাকায়নবগী অরাবা খাঙহৈদবা মৈচাক অদু কংখি মাল্লে হায়না খাঙই ॥২১॥ নিংথৌ ! অঙকপা খঙকম থোক্তবা "অশিবা" (মৃত্যু) হায়বদুগী হৌরককম্ রারী অদু ঐ সীগে। মাদু তারগা অরাবা অসি কক্কনি ॥২২॥ তাবদা পুণ্যগীমশক্ ওইরবা, পুন্‌শ শাঙননবগী মরম্ ওইরবা অরাবা কোকচনবা ওয়া আসগুম্বা রারী আস মুন্না তারো ॥২৩॥ ঐনা পীগদোরিবা রারী অসি তাবদি বেদ পাঠ শ্রবণ তৌবগা চপ্ মান্ননি। তাবদা যেক্কবা মাঙননবগী, পুন্‌শদা মঙ্গল পীননবগী অমদি লল্লোলুঈ তীক্ তৌবদসু থোইদোক্না কান্ননবগী মশক্নি ॥২৪॥ মহারাজ ! লসুম্ মচা মশুগা লোয়ননা পুন্‌শি তোংলোইনা পানব পাম্বশিংনা অদুগা অথোইবা নিংথৌশিংনা রারী আসনু য়াম্না থরাই য়াওনা তাগদবনি ॥২৫॥ ঈবুঙো, যুধিষ্ঠির ! মমাঙৈদা, সত্য যুগত অকম্পন হায়না কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মি। মহাক অসি নোংমা, লালকমদা যেক্কবশিংগী মথা পোনখি ॥২৬॥ মপাঙ্গন্দা নারায়ণগুম্বা, অকনবগী গুণ খিবিক্না লৈরবা, খুংলায় পূম্বা হৈরবা, থাইনা শিংলবা, ইন্দ্রগুম্বা মাঙ্গনা, কল্লবা হরি কৌবা মচ অম নিংথৌ আসগী লৈরম্মি ॥২৭॥ নিংথৌমচা আস লালকমদা য়েক্কবা কাঙবুগী শগোল শামু লাশং লাশংগী মথক্তা তেন্নচিংবা খুৎলায় মথল্ মথল্ লংশিল্লম্মি। অদুবু মশীং য়াম্নবা য়েক্কবশিংনা মাবু কোয়খে ॥২৮॥ যুধিষ্ঠির ! অদুদগীদি য়েক্কবা ওয়া অকনবা হরি কৌবা নিংথৌগী মচা অসি যেক্কবশিংগী মখুত্ত মথর ৎ থাখি ॥২৯॥ অকম্পান কোবা নিংথৌ অসি অশিবা মচা অদুগী সংস্কারনচিংবা প্রেতকর্ম্ম পূম্নমক্ পাঙথোক্লবা তুংদা অহিং মুংথিন্দা পোত্থাকম্ খঙদনা, তুম্দ হীপ্তচাদনা চিন্তাগী মশক্ ওইদুনা লৈখি ॥৩০॥

তস্য শোকং বিদিত্বা তু পুত্রব্যসনসম্ভবম্ । আজগামাথ দেবর্ষির্নারদোঽস্য সমীপতঃ ॥৩১॥
স তু রাজা মহাভাগো দৃষ্ট্বা দেবর্ষিসত্তমম্ । পূজয়িত্বা যথান্যায়ং কথামকথয়ত্তদা ॥৩২॥
তস্য সর্ব্বং সমাচষ্ট যথাবৃত্তং নরেশ্বরঃ । শক্রাভিবিজয়ং সংখ্যে পুত্রস্য চ বধং তথা ॥৩৩॥
মম পুত্রো মহাবীর্য্য ইন্দ্রবিষ্ণুসমদ্যুতিঃ । শক্রভির্ব্বহুভিঃ সংখ্যে পরাক্রম্য হতো বলী ॥৩৪॥
ক এষ মৃত্যুর্ভগবন্ ! কিং বীর্য্যবলপৌরুষঃ । এতদিচ্ছামি তত্ত্বেন শ্রোতুং মতিমতাং বর ! ॥৩৫॥
তস্য তদ্বচনং শ্রুত্বা নারদো বরদঃ প্রভুঃ । আখ্যানমিদমাচষ্ট পুত্রশোকাপহং মহৎ ॥৩৬॥

## নারদ উবাচ ।

শৃণু রাজন্ ! মহাবাহো ! আখ্যানং বহুবিস্তরম্ । যথা বৃত্তং শ্রুতঞ্চৈব ময়াপি বসুধাধিপ ! ॥৩৭॥
প্রজাঃ সৃষ্ট্বা তদা ব্রহ্মা আদিসর্গে পিতামহঃ । অসংহৃতং মহাতেজা দৃষ্ট্বা জগদিদং প্রভুঃ ॥৩৮॥
তস্য চিন্তা সমুৎপন্না সংহারং প্রতি পার্থিব ! । চিন্তয়ন্ নাধ্যগচ্ছৎ বেদ সংহারং বসুধাধিপ ! ॥৩৯॥ (যুগ্মকম্)
তস্য রোষান্মহারাজ ! খেভ্যোঽগ্নিরুদতিষ্ঠত । তেন সর্ব্বা দিশো ব্যাপ্তাঃ সান্তর্দেশা দিধক্ষতা ॥৪০॥

---

মচা কায়নবগী রাজা নিংথৌ অকম্পনগী অবস্থা তাবদা নোংম দেবর্ষি নারদ অসি নিংথৌরগী নাক্তা চেক্ লাকুই ॥৩১॥ নারদ লাকপা উবদা অকম্পন কৌবা নিংথৌসি মুনিগী হৌনবী পূজা নচিংবা বিধি কাযদনা তৌই; অদুদগী মচা কায়নবগী রাজা অদু মুনিগী মফমদা লীরকুই ॥৩২॥ মতৌ করম্ লাম্থোংনখিবা অদুগ খেরুবগী মথুত্তা মচানা মতৌ করম্ মথরাই থাখিবা অসি পুম্নমক্ মুনিগী মফমদা মথং শীংনা লীখি ॥৩৩॥ মুনিদেব ! ইন্দ্র অমদি বিষ্ণুগুম্ তেজ লৈরবা, থোইনা মপাঙ্গল কল্লবা ঈচাদো য়েক্কবাশিংনা কোয়শিন্দুনা হৎপিরে ॥৩৪॥ মরম্ অদুনা জ্ঞানী অথোইবা, মুনিদেব ! "শিবা"—হায়বসিবু কারিনো ? কদাইদগী করম্ ওই-খ্রিবনো ? শিবা (মৃত্যু) হায়বসিগী মতীক্ মগুণ শক্তিনা কয়ামুক লৈবা ? অসি পুম্নমক্ মুম্না খঙজনীজিঙ ॥৩৫॥ রাজা অসি তাবদা মতীক্ মগুণ লৈরব, তপস্যাগী শক্তিনা সিদ্ধ ওইরবা বরপীনচৈবা নারদনা মচাকায়নবগী অরাবা মৈচাক কোকহনবগুম্বা রাবী অসি লীখি ॥৩৬॥

নারদনা হায় :— নিংথৌ ! লীগদৌরিব থোক্খিবা থৌদোক্ অসি ঐখোয়না চপ চানা তাখি। অদুনা অকনবা নিংথৌ ! রাজা অসি শন্দোক্না কোইনা তারো ॥৩৭॥ ঐবু পোকপা ঈপা মহাতেজ কল্লবা, মতীক্ মগুণ চাউরবা ব্রহ্মানা জগৎ সংসার পুম্নমক্ অসি শেম্মগা অচচ্চত্ত জীব পুম্বগী দেহ পুম্নমক্ অসি শাররক্তুংদা, জগৎ সংসার পুম্নমক অসি জীব মণ্ডল মথম চীক্না চায়নকম্ লৈতনা কৃপথ্রবদা, মখোয় অসিগী মাঙ থননবা উপায় অমুক্ থিরক্লে। অদুবু মহারাজ ! উপায় অমত থিবা ফংত্রবা ওম্খিদ্রে ॥৩৮—৩৯॥ মহারাজ ! অদুদগীদি উপায় থিবা ফংদ্রবা শাউরবা ব্রহ্মাগী নাকোংনচিংবা রন্ধ্র পুম্নমক্তগী অশাউবগী মৈ হৌখি। হৌরক্লিবা মৈ অসিনা জগৎ পুম্ববু চাক-খেক্কদবগী মায়কৈসম্লাই খঙদনা মকম্ খুদিং থুংনা চাক্শিল্লক্লে ॥৪০॥

ততো দিবং ভুবং খঞ্চ জ্বালামালাসমাকুলম্ । চরাচরং জগৎ সর্ব্বং দদাহ ভগবান্ প্রভুঃ ॥৪১॥
ততো হতানি ভূতানি চরাণি স্থাবরাণি চ । মহতা ক্রোধবেগেন ত্রাসয়ন্নিব বীর্য্যবান্ ॥৪২॥ (যুগ্মকম্)
ততো হরো জটী স্থাণুর্নিশাচরপতিঃ শিবঃ । জগাম শরণং দেবং ব্রহ্মাণং পরমেষ্ঠিনম্ ॥৪৩॥
তস্মিন্নাপতিতে স্থাণৌ প্রজানাং হিতকাম্যয়া । অব্রবীৎ পরমো দেবো জ্বলন্নিব মহামুনিঃ ॥৪৪॥
কিং কুর্ম্মঃ কামং কামার্হ ! কামাজ্জাতোঽসি পুত্রক ! । করিষ্যামি প্রিয়ং সর্ব্বং ব্রূহি স্থাণো । যদিচ্ছসি ॥৪৫॥

স্থাণুরুবাচ ।

প্রজাসর্গনিমিত্তং হি কৃতো যত্নস্ত্বয়া বিভো ! । ত্বয়া সৃষ্টাশ্চ বৃদ্ধাশ্চ ভূতগ্রামাঃ পৃথগ্বিধাঃ ॥৪৬॥
তাস্তবেহ পুনঃ ক্রোধাৎ প্রজা দহ্যন্তি সর্ব্বশঃ । তা দৃষ্ট্বা মম কারুণ্যং প্রসীদ ভগবন্ ! প্রভো ! ॥৪৭॥

ব্রহ্মোবাচ ।

নাক্রুধ্যং ন চ মে কাম এতদেবং ভবেদিতি । পৃথিব্যা হিতকামস্তু ততো মাং মন্যুরাবিশৎ ॥৪৮॥
ইয়ং হি মাং সদা দেবী ভারার্ত্তা সমচূচুদৎ । সংহারার্থং মহাদেব ! ভারেণাভিহতা সতী ॥৪৯॥

---

মতম্ অসিদা, "অশাউবা" হায়বত্নগী মূর্ত্তি ওইরবা স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতালন চংবা মরোল তরামরিবু উংওইনা চাক্থেল্লগে হায়বগী মতাঙুম্ মায়াক পুম্ব শীত্থুংনা মৈরি কংনা চাক্শিল্লক্লে অচচ্চত্ত জীবপান্‌বা পুম্নমক্ মখং মথং চাক্থেক্‌ওল্লক্লে ॥৪১—৪২॥ মতৌ অস উবদা জটাধারী ওইবা, পুক্‌চেলতপ্পবা মঙ্গলগী মপক্ ওইরবা মহাদেবনা ব্রহ্মাগী নাক্ত চঙজাখ ॥৪৩॥ জগৎকী শান্তি পান্নবা মঙ্গলগী মশক ওইরবা মহাদেবনা লাক্পন্থু উবদা ব্রহ্মাতেঙ্গনা পুমং লংনা ব্রহ্মানা অস্নুমা হায়রকই ঃ—॥৪৪॥ অপোকপ মপাগী নীওবা পুম্বা থুংহন্নবগী মশক ওইরবা নহাক্তি ঐগী সংকল্পদগী পোকপনিদো । অদুনা নংনা লাকপব্ কারগীনো, কার তৌ গায়বগে ? হে পুত্র ! হায়্ অপাম্বা । নহাক্না অপাম্বত্থু ঐ তৌ'গ ॥৪৫॥ ব্রহ্মাগী র তাবদা মহাদেবনা হায়ঃ—প্রভু ! পিতা ! বিষ্ণুভগবানগী য়াথংদগী সৃষ্টি তৌবিরে; অদুগা শেম্বি রবা অচচ্চত্ত পুম্বসি নোংমনোংমগী য়ামথংলকলে, চাওথংলকলে ॥৪৬॥ অদুগা অমুক থক্ষম্ শৈতহুনা শাউহুনা চাক-থেকহনবিরি । মাসি উবদা ঐগী থম্মোয়দা নুংশি নু ঙোনবা অম পোকপ্রে । অদুনা প্রভু ! শাউবিগনু, পেন্‌বিরো, অমুক্ত তপথবিয়ু ॥৪৬॥ ব্রহ্মানা হায় । ঐদি মরম্ ঈরৈ শৈতনা থক শাউদে । জগৎ আস তুমা চাকথেকহনবগী রাখলম্থু শৈরম্‌দে । পৃথিবীসিগী অরাবা অরাম্বা ভারসি কোক্কনবগীত খল্ল্‌বদা শাউখিবনি ॥৪৮॥ মরম্‌দি স্থাণু ! মহাদেব ! পৃথিবী অসে মশামক্তা মহাক্তী মথক্ত নোংম নোংমগী হেন্‌গৎলাক্লবা ভার অসি কোক্কনবা ঐঙোন্দা, হন্না হন্না হায়জখি ॥৪৯॥ ঐন্নু মাসি কোক্কনবা উপায় অমদি মরাম্ অসি অমুক লৌশিন্নবগী উপায় অসি খিবা ঈকংকংত্রে । মাদুদা, অশাউবনা মৈ ওইন পোকপ্রবনি ॥৪৯॥

ততোঽহং নাধিগচ্ছামি তথ্যো বহুবিধং তদা। সংহারমপ্রমেয়স্য ততো মাং মন্যুরাবিশৎ ॥৫০॥

স্থাণুরুবাচ।

সংহারার্থং প্রসীদস্ব মা ক্রুধো বসুধাধিপ। মা প্রজাঃ স্থাবরাশ্চৈব জঙ্গমাশ্চ ব্যনীনশঃ ॥৫১॥
তব প্রসাদাদ্ভগবন্নিদং বর্ত্তেৎত্রিধা জগৎ। অনাগতমতীতঞ্চ যচ্চ সম্প্রতি বর্ত্ততে ॥৫২॥
ভগবন্! ক্রোধসন্দীপ্তঃ ক্রোধাদগ্নিমবাসৃজৎ। স দহত্যশ্মকূটানি দ্রুমাংশ্চ সরিতস্তথা ॥৫৩॥
পল্বলানি চ সর্ব্বাণি সর্ব্বাংশ্চৈব তৃণোলপান্। স্থাবরং জঙ্গমঞ্চৈব নিঃশেষং কুরুতে জগৎ ॥৫৪॥
(যুগ্মকম্)

তদেতদ্ভস্মসাদ্ভূতং জগৎ স্থাবরজঙ্গমম্। প্রসীদ ভগবন্! স ত্বং রোষো ন স্যাদ্বরো মম ॥৫৫॥
সর্ব্বে হি সৃষ্টা নশ্যন্তি তব দেব! কথঞ্চন। তস্মান্নিবর্ত্ততাং তেজস্ত্বয্যেবেহ প্রলীয়তাম্ ॥৫৬॥
তৎ পশ্য দেব! সুভৃশং প্রজানাং হিতকাম্যয়া। যথেমে প্রাণিনঃ সর্ব্বে নিবর্ত্তেরংস্তথা কুরু ॥৫৭॥
অভাবং নেহ গচ্ছেয়ুরুৎসন্নজননাঃ প্রজাঃ। অধিদৈবে নিযুক্তোঽস্মি ত্বয়া লোকেষু লোকহন্! ॥৫৮॥
মা বিনশ্যেজ্জগন্নাথ! জগৎ স্থাবরজঙ্গমম্। প্রসাদাভিমুখং দেবং তস্মাদেবং ব্রবীম্যহম্ ॥৫৯॥

নারদ উবাচ।

শ্রুত্বা হি বচনং দেবঃ প্রজানাং হিতকারণে। তেজঃ সন্ধারয়ামাস পুনরেবান্তরাত্মনি ॥৬০॥
ততোঽগ্নিমুপসংহৃত্য ভগবান্ লোকসৎকৃতঃ। প্রবৃত্তিঞ্চ নিবৃত্তিঞ্চ কল্পয়ামাস বৈ প্রভুঃ ॥৬১॥

---

মহাদেবনা হায়ঃ—ভগবন! জগৎ অসিগী লোইশিন্নবগী উপায় অহুত ময়েংবিবু। শাউবিগনু, পেন্‌বিয়ু। ঈশানা শেম্‌শারগা অহুনু খুৎমক্কা অমুক থুগাইবা হায়বসি তৌবিগনু। জীবপানবশিং অসিবু সুংশাবিয়ু ॥৫১॥ নহাক্কী পৌজান্দগী জগৎ অসি মওং অহুম্ থোক্লা লৈরি। মমাঙ্‌দা ওইখিবা অম, হৌজিক ওইরবা অম, তুংদা ওইরক্কদবা অমা ॥৫২॥ ভগবন্! নহাক্কা শাউহনা মৈ অম পুখোকপাত্রবাসনা কনাগী চাওমান ভুরেল্ হৈপাল্ লৈপাল্ লোইনা চাক্‌থেক্‌ত্রে। অহুদগীদি অচঞ্চত্ত জীব পুম্বা অমত থাক্রুনবৈ তুম্ন মাঙহল্লরনি ॥৫৩—৫৪॥ হৌজিকসু অমুক্ অচঞ্চত্ত পুম্ববু তুম্ন চাকদবগী হৌরক্ল। অহুনা প্রভু! পেন্‌বিয়ু। ঐহোন্দ পীবিগদবা বর হায়ববু—অশাউবা হায়বসে আসত তোক্‌পবা আসতনি ॥৫৫॥ প্রভু! নহাক্কা সৃষ্টি পুম্বসিবু হায়নীঙাই লৈতনা মাঙহনবিরক্লি। অহুনা অশাউবগী মৈরি অসি মুথৎপিরো। অশাউবগী মৈ অসি নশাদা অমুক চিংশনাবিয়ু ॥৫৬॥ অতুনা হে দেব! হৌজিক্তি জগৎ অসিবু সুংশিবা মীৎয়েংনা য়েংবিরো। মাঙগদবদগী জীব পুম্বসিবু কমনবা তৌবিয়ু ॥৫৭॥ হৌজিক্ত, জীবপানবশিংবু মথল্ মথল্ শেম্‌থবসু লোপ্লিয়ে। অহুনাদ লৈরবা থরসিসু মাঙহনবিরসু। অহুগা অমরোমদা ঐহাক্‌পুসু জগৎ অসিগী দেবদেব মহাদেবনি হায়নসু ইকম্ হাপ্লরি ॥৫৮॥ জগন্নাথ! জগৎ পুম্বসে মাঙহনাবিরসু। ঐ, অসি হায়জগে হায়বগী লাক্‌পনি ॥৫৯॥ নারদনা হায়ঃ—মহাদেবগী য়া অসি তাবদা প্রজানা প্রাণীশিং কাম্নবগীদমক্, অশাউবগী মৈ অহু মশাদা লৌশিনচিংশিনখি ॥৬০॥ অহুগী তুংদা মতীকমঙ্গল চাউরবা জগৎ পুম্বনা পূজা তৌরবা

উপসংহরতস্তস্য তমগ্নিং রোষজং তদা। প্রাদুর্বভূব বিশ্বেভ্যো গোভ্যো নারী মহাত্মনঃ ॥৬২॥
কৃষ্ণা রক্তা তথা পিঙ্গা রক্তজিহ্বাস্যলোচনা। কুণ্ডলাভ্যাঞ্চ রাজেন্দ্র! তপ্তাভ্যাং তপ্তভূষণা ॥৬৩॥
সা নিঃসৃত্য তথা খেভ্যো দক্ষিণাং দিশমাশ্রিতা। স্ময়মানা চ সাবেক্ষ্য দেবৌ বিশ্বেশ্বরাবুভৌ ॥৬৪॥
তামাহূয় তদা দেবো লোকাদিনিধনেশ্বরঃ। মৃত্যো! ইতি মহীপাল! জহি চেমাঃ প্রজা ইতি ॥৬৫॥
ত্বং হি সংহারবুদ্ধ্যাথ প্রাদুর্ভূতা রুষো মম। তস্মাৎ সংহর সর্বাস্ত্বং প্রজাঃ সজড়পণ্ডিতাঃ।
মম ত্বং হি নিয়োগেন ততঃ শ্রেয়ো হ্যবাপ্স্যসি ॥৬৬॥
এবমুক্তা তু সা তেন মৃত্যুঃ কমললোচনা। দধ্যৌ চাত্যর্থমবলা প্ররুরোদ চ সুস্বরম্ ॥৬৭॥
পাণিভ্যাং প্রতিজগ্রাহ তান্যশ্রূণি পিতামহঃ। সর্বভূতহিতার্থায় তাঞ্চাপ্যনুনয়ত্তদা ॥৬৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
অভিমন্যুবধে মৃত্যুৎপত্তিকথনে পঞ্চচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

ব্রহ্মানা অশাউবগী মৈ অদু মুৎহনখ্রবদা ভুংদা মুৎহনবগী কর্ম্ম (থবক্) অহুতনা জীবগী উৎপত্তি বিনাশ অনীগী কারণ ওইহনাখ ॥৬১॥ অশাউবগী মৈ অহুনা হেক মুৎথিবগা হাক্রেম্নাশংগী শাক্তং পুথহুনা পুল্লগা স্ত্রী (নুপী) অমগী মশক্ লৌহুনা থোক্লাখ ॥৬২॥ নিংথৌ! নুপী অদুগী মশক মতোাদ কম্দোবগে হায়ববু, অঙোবগা অঙাঙ্বগা য়াম্রবা নেমান্বা মচুন। মরৈ, মমায়, মমীৎ ঙাঙ্ঙ। নকোং অনীনা ফুদোংলবা সনাগুম্ শাংলবা কুণ্ডল নাইন অনীনা নীঙাথজরাম্ম। কিজেৎ কৈতেং পুম্বা সনাগী সনামক্তা ওইন তৌই ॥৬৩॥ নুপী আস ব্রহ্মাগী ইন্দ্রগী মন্দ্রু (মখুল) দগী থোরক্লুনা ব্রহ্মা অমসুং মহাদেব অনীমক্ত মুম য়েংলুনা, ঙহাক্তং খোমোন্ নোক্লমগা মখোয় অনীগী য়েংলোম্দা চঙশিল্লুনা লেপাখ ॥৬৪॥ মহারাজ! মতম্ অদুদা সংসার পুম্বগী শোম্রবা অমদি থুগাহাম্রবা ব্রহ্মানা নুপী অদুদা "শিবকোবী"— অমুম হায়না কোরগা অমুম হায়রকই:—"নহাক জীবাপান্বাশংসগী মাঙনবা শীল্লু"—॥৬৫॥ নহাক অসি জগৎপু মাঙনবগী রাথল্ থাম্লৈঙেদা ঐঙোন্দগী পোক্লখবান। মরম্ অদুনা, পাণ্ডিত খণ্ডদে, মূর্খ খণ্ডদে, নিংথৌ প্রজা খণ্ডদে, মখোয়বু মাঙনবগী থবক অহুনা নহাকী নখৌ ওইয়ু ॥৬৬॥ ব্রহ্মাগী য়াথং আস তাবদা নীঙাথজরবী নুপী আস রাবনা চানবাম্ প্রক্ প্রক্ কংহুনা কপলকলে ॥৬৭॥ মতম্ অদুদা ব্রহ্মানা নুপী অদুগী মমীতগী তারক্লপা মাপ মতুম্ অনী থুংনা য়ারগা মহাক্পু খেম্জিনবিরকই ॥৬৮॥

মখম্ আসদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যুবধগী মনুংদ মৃত্যুৎপত্তিকথনগী নিফুমঙাগুবা অধ্যায় লোইরে ॥৪৫॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ষট্‌চত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ

### নিফুতরুকশুবা অধ্যায়

( মৃত্যুগা প্রজাপতি ব্রহ্মাগা ওাঙনবা )

—:( * ):—

নারদ উবাচ।

বিনীয দুঃখমবলা আত্মনৈব প্রজাপতিম্। উবাচ প্রাঞ্জলিভূর্ত্বা লতেবাবর্জিতা পুনঃ ॥১॥

মৃত্যুরুবাচ।

ত্বয়া সৃষ্টা কথং নারী ঈদৃশী বদতাং বর। ক্রূরং কর্ম্মাহিতং কুর্য্যাং তদেব কিমু জানতী। বিভেম্যহমধর্ম্মাদ্ধি প্রসীদ ভগবন্! প্রভো! ॥২॥

প্রিয়ান্ পুত্রান্ বয়স্যাংশ্চ ভ্রাতৄন্ মাতৄঃ পিতৄন্ পতীন্। অপধ্যাস্যন্তি মে দেব! মৃতেষেভ্যো বিভেম্যহম্ ॥৩॥

কৃপণানাং হি রুদতাং যে পতন্ত্যশ্রুবিন্দবঃ। তেভ্যোঽহং ভগবন্! ভীতা শরণং ত্বামহং গতা ॥৪॥

যমস্য ভবনং দেব! ন গচ্ছেয়ং সুরোত্তম!। প্রসাদয়ে ত্বাং বরদ! মূর্দ্ধ্নাদপ্রনখেন চ। এতদিচ্ছাম্যহং কামং ত্বত্তো লোকপিতামহ! ॥৫॥

ইচ্ছেয়ং ত্বৎপ্রসাদাদ্বৈ তপস্তপ্তুং প্রজেশ্বর!। প্রদিশেমং বরং দেব! ত্বং মহং ভগবন্! প্রভো! ॥৬॥

---

নারদনা হায় ঃ—নিংথৌ! মতম্ অতুদা মুপী অদুনা মানা তৌগদৌরিদা মথৌ অদু খল্লুবদা রাবনা থম্মোয় পূবা যাদদুনা মখুৎ লোম্নদুনা কপ্পা কপ্পা ব্রহ্মাদা হায়রক্‌ই—॥১॥ মৃত্যুদেবীনা হায় ঃ—র ওাঙবগী অথোইবা! নহাক্না কারিগী ঈদৃশ মুপীগী মওংদা শেম্বিরি? ঐহোক্দা পীবিরিবা ঈথৌ অসি মহাতম্‌থিবা অমান হায়নঃ খঙনা খঙনা ঐনা কারিগী অসিগুম্বা কত্রবা থবক্ অসি তৌগনি? ঐ অসিগুম্বা অধর্ম্মগী থবক্ অসি তৌবা ওমজরোই কিজে। অদুনা ভগবান্! থবক্ অসি ঐবু তৌহনবিগনু ॥২॥ প্রভু! লৈহৌরিবা জীবাশংনা মাগী মাগী মুংশিজম্নবা মপা-মচা, মচানূ মনাও, শাগৈ নাতৈ, মরূপ মপাং শিগ্রনশিং অতগীদমক ওমখৈ লৈতনা অরাবা কংদুনা চিন্তা তৌনরগনি। মাদুমক খল্লুবদা আকবা অমনি ॥৩॥ শাগৈ নাতৈ মচামশূশিং অদুনা কপ্পগী পি মরীকশিং অদুনা, লৈমায়থক্ত তাবদু উবসিমক আকিবগী মশক ওইরবা অরাবা অমনি। মাদু উবা ওমজরোই। অদুনা প্রভু! থবক্ অসি ঈথৌ ওইনা ঐহোক্দা পীনবিগনু, চান্‌বিয়ু ॥৪॥ লাই অথোইবা! ঐ যমপুরদা হন্না হন্না চৎপা ওমজরোই। ঐ ঈখুৎ লোম্নদুনা ঈকোক নোম্না খুরুমজরি। অদুনা হে লোকপিতামহ! ঐনা নীঙবাস খুংহন্‌বিয়ু, চান্‌বিয় ॥৫॥ হে জগৎশেহা! ঐ নহাক্কী থৌজাল্লগী তপস্যা তৌজগে। মাদু ওমনবা ঐহোক্দা বরদান

ত্বয়া হ্যুক্তা গমিষ্যামি ধেনুকাশ্রমমুত্তমম্ । তত্র তপ্স্যে তপস্তীব্রং তবৈবারাধনে রতা ॥৭॥
নহি শক্ষ্যামি দেবেশ ! প্রাণান্ প্রাণভৃতাং প্রিয়ান্ হর্ত্তুং বিলপমানানামধর্ম্মাদভিরক্ষ মাম্ ॥৮॥

ব্রহ্মোবাচ ।

মৃত্যো ! সঙ্কল্পিতাসি ত্বং প্রজাসংহারহেতুনা । গচ্ছ সংহর সর্ব্বাস্ত্বং প্রজা মা তে বিচারণা ॥৯॥
ভবিতা হ্যেতদেবং হি নৈতজ্জাত্বন্যথা ভবেৎ । ভব ত্বনিন্দিতা লোকে কুরুষ্ব বচনং মম ॥১০॥

নারদ উবাচ ।

এবমুক্তাভবত্তীতা প্রাঞ্জলির্ভগবন্মুখী । সংহারে নাকরোদ্বুদ্ধিং প্রজানাং হিতকাময়া ॥১১॥
তুষ্ণীমাসীত্তদা দেবঃ প্রজানামীশ্বরেশ্বরঃ । প্রসাদমাগমৎ ক্ষিপ্রমাত্মন্যেব পিতামহঃ ॥১২॥
স্ময়মানশ্চ লোকেশো লোকান্ সর্ব্বানবেক্ষ্য চ । লোকাশ্চাসন্ যথাপূর্ব্বং দৃষ্টাস্তেনাপমন্যুনা ॥১৩॥
নিবৃত্তরোষে তস্মিংস্তু ভগবত্যপরাজিতে । সা কন্যাপজগামাথ সমীপাত্তস্য ধীমতঃ ॥১৪॥
অপসৃত্যাপ্রতিজ্ঞাত্য প্রজাসংহরণং তদা । ত্বরমাণা চ রাজেন্দ্র ! মৃত্যুর্ধেনুকমভ্যয়াৎ ॥১৫॥
সা তত্র পরমং তীব্রং চচার ব্রতমুত্তমম্ । সা তদা হ্যেকপাদেন তস্থৌ পদ্মানি ষোড়শ ॥১৬॥

---

তৌবিয় ॥৬॥ নহাক্না য়াদিরবদি ঐ ধেনুক মুনিগী আশ্রমদা চঙ্খৎগে । মকম্ অদুদা চৎলগে নঙাকপু তপনা নীঙজম্ননা ধ্যান তৌজক্করগে ॥৭॥ "হে লোকপুম্বগ শেম্বা ! জীবাশংসিনা মপা মচা মচীম্মনাও কায়নরম্দাইদা কপ্প লাউনবা মতম্ অদুদা, ঐ শিগদোইরনশিং অঙগী থরাইমিবু পুম্ননা চৎপা ঙমজরোই । অদুনা, ঐবু পাপ কর্ম্ম অমদি অধর্ম্মগী থবক অসিদগী কন্বিয়ু" ॥৮॥ রা অসি তাবদা ব্রহ্মানা হায়রকই—"মৃত্যু ! ন'ন পাপ্পে (খুৎলায়) ওইহনা ঐনা জীববু মাগী মাগী হকচাংদগী লৌশিন্গে হায়না পুক্লীংদ লেপখ্রে । অদুনা, চৎলো নং, হায়নবা মতুং ইন্না থবক তৌ । অতৈ অতোপ্পা য়াখল্ অমা খল্লুরগনু ॥৯॥ ঐনা অমুক্তং হায়দোকপ্রবদুদি শোয়দনা থোক্লগদবনি । অমুক্ হেক্কংবা য়ায়রোই ॥১০॥

নারদনা হায় ঃ—ব্রহ্মানা অম্ম্মা হায়রবদা মৃত্যুদেবী অসি কিদুনা থক্ থক্ মীক্ত্না খুৎ লোম্নদুনা ব্রহ্মাগীনাক্ত চপ্ লেপ্তুনা লৈ । জীবপানব শব মুংশি বদুনা ব্রহ্মানা চায়রিবা য়াখং অদু পাঙথোক্কে হায়না খল্লে ॥১১॥ অদুদগীদি জীবপানবা পুম্বা শোম্নবা ব্রহ্মা অসি তুংমন্না লৈখি । অদুগী তুংদা ব্রহ্মানা মৃত্যুদেবীদুবু মুংশিবিরক্লে ॥১২॥ অশাউবগী মৈ চাক্লকলিবা অচঙ্কবজীবনা থম্নবা জগৎতা মোমোন্ তোনা নোক্লকই । মতম্ অদুমক্তদা জীবপুম্বসি হাম্নগী মতৌঙম্না অমুক মুংঙাইনখি ॥১৩॥ ব্রহ্মানা পেন্থিরব তুং অাসদা মৃত্যুদেবীসু ব্রহ্মাগী নাকতগী তপ্প তপ্প চথোক্খি ॥১৪॥ নিংথৌ অথোইবা । মৃত্যুদেবী অসি সংহারগী থবক য়াওনীঙদদুনা ব্রহ্মাগী মকম্দগী চৎখিদুনা ধেনুক মুনিগী আশ্রমদা থুংখরে ॥১৫॥ মহাক্না মকম্ অদুদা চৎথদুনা, য়াম্না কন্না তপস্যা তৌখি । মখোঙ নামতদা মতম্ কুইনা লেপ্তুনা তপস্যা তৌখি ॥১৬॥

পঞ্চ চাব্দানি কারুণ্যাৎ প্রজানান্ত হিতৈষিণী । ইন্দ্রিয়াণীন্দ্রিয়ার্থেভ্যঃ প্রিয়েভ্যঃ সন্নিবর্ত্ত্য সা ॥১৭॥
ততস্ত্বেকেন পাদেন পুনরব্দানি সপ্ত বৈ । তস্থৌ পদ্মানি ষট, যে চ সপ্ত চৈকঞ্চ পার্থিব । ॥১৮॥
ততঃ পদ্মাবুতং তাত ! মৃগৈঃ সহ চচার সা । পুনর্গত্বা ততো নন্দাং পুণ্যাং শীতামলোদকাম্ ॥১৯॥
অপ্সু বর্ষসহস্রাণি সপ্ত চৈকঞ্চ সানয়ৎ । ধারয়িত্বা তু নিয়মং নন্দায়াং বীতকল্মষা ॥২০॥
( যুগ্মকম্ )

সা পূর্ব্বং কৌশিকীং পুণ্যাং জগাম নিয়মে ধৃতা । তত্র বায়ুজলাহারা চচার নিয়মং পুনঃ ॥২১॥
পঞ্চগঙ্গে চ সা পুণ্যা কন্যা বেতসকেষু চ । তপোবিশেষৈর্ব্বহুভিঃ কর্ষয়ন্দেহমাত্মনঃ ॥২২॥
ততো গত্বা চ সা গঙ্গাং মহামেরুঞ্চ কেবলম্ । তস্থৌ চাশ্মেব নিশ্চেষ্টা প্রাণায়ামপরায়ণা ॥২৩॥
পুনর্হিমবতো মূর্দ্ধ্নি যত্র দেবাঃ পুরাযজন্ । তত্রাঙ্গুষ্ঠেন সা তস্থৌ নিখর্ব্বং পরমা শুভা ॥২৪॥
পুষ্করেষ্বথ গোকর্ণে নৈমিষে মলয়ে তথা । অপাকর্ষৎ স্বকং দেহং নিয়মৈর্মনসঃ প্রিয়ৈঃ ॥২৫॥
অনন্যদেবতা নিত্যং দৃঢভক্তা পিতামহে । তস্থৌ পিতামহঞ্চৈব তোষযামাস ধর্ম্মতঃ ॥২৬॥
ততস্তামব্রবীৎ প্রীতো লোকানাং প্রভবোঽপ্যয়ঃ । সৌম্যেন মনসা রাজন্ ! প্রীতঃ প্রীতমনাস্তদা ॥২৭॥

জীবপান্‌বা পূম্বগী ফননবতা খল্লবী মৃত্যুদেবীনা মীৎ নাকোং লৈনচিংবা ইন্দ্রয়শিংদগী মাগী মাগী রূপরস গন্ধনাচংবা বিষয় পূম্বব থিংহুনা মতম্ কুইনা তপস্যা তৌখি ।॥১৭॥ মহারাজ ! অহুদগী মহাক্না মথোঙ নামদা অমুক লেপ্তুনা চহী পদ্ম অম * অহুদগী অস্মুমা মথং মথং তরুক্-তরেৎ তুম্দ হাপ্ত চাদনা লেপাখি ।১৮॥ ঈবুঙো ! মৃত্যুদেবী অসি বনদা শজী শভাইশিংগা মতম্ কুইনা শান্নহুনা মতম্ লেনখি । অহুগীতুংদা মহাক্না ঈংলবা লুরবা ঈশিংনা থম্ন চেল্লবী নন্দা তুরেলগী মপান্দা চত্তুনা মকম্ অহুদা থম্মোয় চক্‌চাং শেংনা কুইনা মতম্ লেনখি ॥১৯—২০॥ অহগী তুংদা, মৃত্যুদেবীনা অতোপ্প অকন্‌বা নিয়ম অমমুক তৌহনা কৌশিকীনদী তাম্ন চত্তুনা ঈশিংত থক্তুনা নুংশিত্ত চাহুনা নিয়ম কম্না তপস্যা তৌদুনা লৈখি ॥২১॥ অহুদনী, পুন্যচেল্লবী কন্যা (মৃত্যুদেবী কৌবী) অসি পঞ্চগঙ্গা অমদি বেতসতীর্থদা চত্তুনা অকনবা তপস্যা তৌহুনা মশাগী হক্‌চা বু অস্থমস্থম্ কংশম্হনখি ॥২২॥ অহুদগী থম্ন লৈরগা মহাক্ন গঙ্গা অমদি অথোইবা তীর্থ মহামেরু হায়বহুদা চত্তুনা নুংগী মতৌগুম্না তুমিন্ন ধ্যান তৌহুনা কম্হুনা লৈখি ॥২৩॥ মমাঙৈদা লাইশাম্না যজ্ঞ তৌখিবা হিমালয়গী ব্রাংলবা চীঙদোন অহুদা কাখিহুনা, তপস্যা কল্লবী, জগৎকী অকবত্ত খল্লবী মৃত্যুদেবীসনা খোঙবী নামজদা লেপ্তুনা মতম্ কুইনা তপস্যা তৌখি ॥২৪॥ অহুগীতুংদা মহাক্না পুষ্কর, গোকর্ণ, নৈমিষারণ্য অমদি মলয়াচলদা চত্তুনা, মকম্‌শং অহুদা চচ্চত্তুনা অকনবা নিয়ম তপস্যানা মশাগী হকচা অহু হেন্ন হেন্ন কংশিনহনখি ॥২৫॥ হায়রবী মৃত্যুদেবী অসিনা তীর্থশিং অসিদা চৎচত্তুনা অতৈ অতোপ্পা দেবতা অম খন্দুনা ব্রহ্মাতব্ ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়ননা ধ্যান তৌহনা ব্রহ্মাবু পেনহনখি ॥২৬॥ মহারাজ ! অহুদগীদি জগৎকী

* বৃন্দ ১০ না খর্ব্ব, খর্ব্ব ১০ না নিখর্ব্ব, নিখর্ব্ব ১০ না পদ্ম অম ।

মৃত্যো ! কিমিদমত্যর্থং তপাংসি চরসীতি হ। ততোঽব্রবীৎ পুনর্মৃত্যুর্ভগবন্তং পিতামহম্ ॥২৮॥
নাহং হন্যাং প্রজা দেব। স্বস্থাশ্চাক্রোশতীস্তদা। এতদিচ্ছামি দেবেশ। ত্বত্তো বরমহং প্রভো। ॥২৯॥
অধর্মভয়ভীতাস্মি ততোঽহং তপ আস্থিতা। ভীতায়াস্ত মহাভাগ। প্রযচ্ছাভয়মব্যয়ম্।
আর্ত্তা চানাগসী নারী যাচামি ভব মে গতিঃ ॥৩০॥
তামব্রবীত্ততো দেবো ভূতভব্যভবিষ্যবিৎ। অধর্ম্মো নাস্তি তে মৃত্যো। সংহরন্ত্যা ইমাঃ প্রজাঃ ॥৩১॥
ময়া চোক্তং মৃষা ভদ্রে। ভবিতা ন কথঞ্চন। তস্মাৎ সংহর কল্যাণি। প্রজাঃ সর্ব্বাশ্চতুর্বিধাঃ ॥৩২॥
ধর্ম্মঃ সনাতনশ্চ ত্বাং সর্ব্বথা পাবয়িষ্যতি। লোকপালো যমশ্চৈব সহায়া ব্যাধয়শ্চ তে ॥৩৩॥
অহঞ্চ বিবুধাশ্চৈব পুনর্দাস্যামি তে বরম্। যথা ত্বমেনসা ত্যক্তা বিরজাঃ খ্যাতিমেষ্যসি ॥৩৪॥
সৈবমুক্তা মহারাজ। কৃতাঞ্জলিরিদং বিভুম্। পুনরেবাব্রবীদ্বাক্যং প্রসাদ্য শিরসা তদা ॥৩৫॥
যদ্যেবমেতৎ কর্ত্তব্যং ময়া ন স্যাদ্বিনা প্রভো।। তবাজ্ঞা মূর্দ্ধ্নি মে ন্যস্তা যত্তু বক্ষ্যামি তচ্ছৃণু ॥৩৬॥

---

শেষা থুগাইবগী মপু ব্রহ্মানা য়াম্না পেনখিহুনা, য়াম্না তপ্পা মৃত্যুদেবীদা হায়খি :— ॥২৭॥ "মৃত্যু ! নংনা অস্নুক্ কন্না তপস্যা তৌরিবসি করিগীনো ? মাগী তাবদা মৃত্যু দেবীনা হায়ঃ— ॥২৮॥ তাইবং জীব অস্নুক্ য়াম্বসিনা অমগমগা নু:শনহুনা, তরাম্ তরাম্না কোনচাম্নহুনা পৈরিবৈ মতম্সিদা এনা মখোয়বু অমগমগা কায়নবগী মৈচাক পীনহন্দুনা শিহন্‌বা ওমজরোই। মসি খোক্তনবসি চান্‌বিহুনা ঐঙোন্দা বর পীনবিয়ু ॥২৯॥ হে পুক্চেল্ চাউরবা ! ঐ অধর্ম্মগী থবক অসি তৌবা য়াম্না কিজৈ। কিরবী ঐঙোন্দা কিদবা চিংনদবা হায়বা বর অহু পীনবিয়ু। ঐদি তোল্লবী নহা ওইরিবী নুপী মচা অমনি। ইরানৃস্থ নৈজত্রবীনি। অহুনা হে ব্রহ্মা ! তোল্লবীবু ঙাক্পিয়ু। ॥৩০॥

ভূত-ভবিষ্যৎ-বর্ত্তমান উরখঙলবা ব্রহ্মানা মৃত্যুদেবীদা অস্থুম হায়খি :— মৃত্যু ! জীবপান্‌বা পূম্নমক্‌সিবু নংনা মাঙহল্লবস্তু ( শিহল্লবস্তু ) মাসিদা নহাক্তা করিগুম্বা দোষ, অধর্ম্ম অমদি পাপ কারমত লৈরোই। অহুনা করিমত কিকম লৈতে ॥৩১॥ অহুগা, দীবেম্মা ! ঐনা অমুক্তং হায়দোকপ্রবহুদি হোংবা ঙক্ য়ারোই। অহুনা নীঙখিবী ! নহাক্ ঐগী য়াথং মকুইগ্না জীব মখল্ মরিবু সংহার তৌ, মাঙহন্ন। ॥৩২॥ মতম্ কুইনদগী চৎনরকপা সনাতন ওইবা ধর্ম্ম অহুনা নহাকপু পাপদোষ পূম্বদগী মরাইনা কোকহল্লগনি। মায়গৈ ঙাকপা যমরাজনা নহাক্তা নত্তেং পাংগনি ॥৩৩॥ অহুগা লাইরামগ লোয়নন্না ঐমক্তা নঙোন্দা বমদান তৌগে। মরোল্ অহম্দা নহাক অসি মিংচৎ চাউবী জগত্ত নমিং তাদবা লৈতবী, অপাম্বা অশাওবা লৈতবী ঐগী মীগী খায়দবী, মীচঙ মীখায় নাইদবী হায়বস্তু ওইগনি ॥৩৪॥ মহারাজ ! ব্রহ্মাগী য়া অসি তাবদা মখরাই খর দ্রুঙাইজরবী মৃত্যুদেবীনা খুৎলোম্নহুনা ব্রহ্মাদা অস্থুম হায়খি :— ॥৩৫॥ প্রভু ! অহু মক্তায়বে ! ঐ নত্তনা থবক্ অসি কনা অমত্ত পাঙখোক্পা ঙমগ্নবদি, নহাক্তা য়াথং ঐ ইকোক্

লোভঃ ক্রোধোঽভ্যসূয়ের্ষ্যা দ্রোহো মোহশ্চ দেহিনাম্। অহ্রীশ্চান্যোন্যপরুষা দেহান্ ভিন্দ্যুঃ পৃথগ্‌বিধাঃ ॥৩৭॥

ব্রহ্মোবাচ।

তথা ভবিষ্যতে মৃত্যো। সাধু সংহর বৈ প্রজাঃ। অধর্ম্মস্তে ন ভবিতা নাপধ্যাস্যাম্যহং শুভে। ॥৩৮॥

যাশ্চাশ্রুবিন্দূন্ করে মমাপশ্যস্তে ব্যাধয়ঃ প্রাণিনামাত্মজাতাঃ।
তে মারয়িষ্যন্তি নরান্ গতাসূন্ নাধর্ম্মস্তে ভবিতা মাস্ম ভৈষীঃ ॥৩৯॥
নাধর্ম্মস্তে ভবিতা প্রাণিনাঞ্চ ত্বং বৈ ধর্ম্মস্ত্বঞ্চ ধর্ম্মস্য চেশা।
ধর্ম্ম্যা ভূত্বা ধর্ম্মনিত্যা ধরিত্রী তস্মাৎ প্রাণিনঃ সর্ব্বথেমান্ নিয়চ্ছ ॥৪০॥
সর্ব্বেষাং বৈ প্রাণিনাং কামরোষৌ সন্ত্যজ্য ত্বং সংহরস্বেহ জীবান্।
এবং ধর্ম্মস্ত্বাং ভবিষ্যত্যনন্তো মিথ্যাবৃত্তান্ মারয়িষ্যত্যধর্ম্মঃ ॥৪১॥
তেনাত্মানং পাবয়স্বাত্ত য়ে ত্বং পাপাত্মানং মজ্জয়িষ্যত্যসত্যাৎ।
তস্মাৎ কামং রোষমপ্যাগতং ত্বং সন্ত্যজ্যান্তঃ সংহরস্বেহ জীবান্ ॥৪২॥

থোংনা য়ংজরি। অদুগা ঐনা খর য়ামাঙ্ য়ানজগদোরিবাসদি তাবিয়ু ॥৩৬॥ শিপদোরিবা মহাক্ অদুগী থরাই-হক্চাং অদু, অপাম্বা, শাউবা, কল্লক্-মিহৌবা; য়েংথিবা, শুমহৎপা, ইকাইবা, খঙদবা, অমগমগা তুক্‌চনবা-চৈনবা—আসনচিংবা দোষশিংসিনা নোংম নোংমগী কন্‌শিন্‌নবিয়ু। মতম্ অদুদা তাপ্ত যেংদুনা ঐ চঙজগে। ॥৩৭॥ ব্রহ্মানা হায়ঃ—মঙ্গলগী মশক্ ওইবী নংনা হায়রিবদুমক্ ওইরসনু। নংনা হায়রিব নিয়ম অদু কায়দনা নহক্না জীবশিংসিবু সংহার তৌদুনা লৈয়ু। মাসিদা নহাক্কী কারণুম্ব অধর্ম্ম অমত ওইরোই। অদুগা ঐশু নংগী মাঙননবা করিণুম্ব মতমদা থল্লোই-তৌরোই ॥৩৮॥ অহান্‌বদা ঐগী মাঙদা নহাক্না কপ্প মতমদা নংগী নমীত্তুগী নপি অদু ঐগী খুৎতা তাখি। মাদুমক্ক জীবশিংগী হকচাংদা অমদি পুক্লীংদা পোক্‌পা লায়না মখল-মখল ওইগ্রসনু। রোগ শং অদুনা জীবশিংবু মরাইনা মাঙননবা তৌজবগান। মাদুমক্কনা জীবশিংগী থরাই অদু মরাইনা চচ্চথ্রগান। অদুনা নহাক্কী অধর্ম্ম হায়রবা করিসু লৈররোই। অদুনা মৃত্যু! অধর্ম্মগী থক্ কিক্কুরগনু ॥৩৯॥ প্রাণীশিং অসিবু নহাক্না হাংলবস্থ মাঙহন্নবস্থ নহাক্কী পাপ করিমত লৈরোই। অহোয়নদুম্ নহাক্কি লেঙ্‌দ্রবী ধর্ম্মগী মূর্ত্তিদুম্ ওইরগান। মরম্ অদুনা, নহাক্ অম লৈরিকো হায়বদু মীওশিংনদুনা জীবপূম্বা দানধর্ম্ম অমাদ ধর্ম্মগী আচরণ তৌদুনা লৈরসনু। অদুনা নহাক্না জীবপান্‌বা খিবিকপু বিশেষ ওইনা তাইবং মীওইববু ধর্ম্মগী থবক্তা পুক্লীং চঙহল্লু ॥৪০॥ অপাম্বা-অশাউবা, মিচং মীখায়নাইবা অসিনচিংবগী রাখল পুম্ব থাদোক্কনা থরাই পানবাশিংসিগী মথরাই অসি নহাক্না লৌশিল্লু। অসুম্ তৌরবদি ধর্ম্ম পুম্বনা মৃত্যু—নংঙোন্দ আশ্রয়হুম্ লৌনমক্রগনি। * অদুনা পাপ অধর্ম্মগী থবক অদুনা পাপী অধর্ম্মী অদুবু মরাইনা হাচ্চাখগনি; নহাক্কী দোষ কারিমত লৈতে ॥৪১॥ মৃত্যু নংনা ধর্ম্মনা পাটৈ ওইদুনা জীবপান্‌বাশিংগী মাখাদা তাউক্কবা আম্বাবু শিরম্‌দাইগী মতম্‌দা শেংদোক্‌পিয়ু।

* ধর্ম্ম অমদি আত্মজ্ঞানগী তত্ত্বপূম্বা "পোক্‌পা—শিবা" গী রাখন্দগীনি।

## নারদ উবাচ

সা বৈ ভীতা মৃত্যুসংজ্ঞোপদেশাচ্ছ্রাত্বা বাঢ়মিত্যব্রবীত্তম্ ।
সা তু প্রাণং প্রাণিনামন্তকালে কামক্রোধৌ ত্যক্ত্বা হরত্যসক্তা ॥৪৩॥
মৃত্যুস্তেষাং ব্যাধয়ঃ স্বপ্রসূতা ব্যাধী রোগো রুজ্যতে যেন জন্তুঃ
সর্ব্বেষাং বৈ প্রাণিনাং প্রায়ণান্তে তস্মাচ্ছোকং মা কৃথা নিষ্ফলং ত্বম্ ॥৪৪॥
সর্ব্বে দেবাঃ প্রাণিনাং প্রায়ণান্তে গত্বা বৃত্তাঃ সন্নিবৃত্তাস্তথৈব ।
এবং সর্ব্বে প্রাণিনস্তত্র গত্বা বৃত্তা দেবা মর্ত্ত্যবদ্রাজসিংহ । ॥৪৫॥
বায়ুর্ভীমো ভীমনাদো মহৌজা ভিত্বা দেহান্ প্রাণিনাং সর্ব্বগোঽসৌ ।
নৈবাবৃত্তিঃ নৈব বৃত্তিং কদাচিৎ প্রাপ্নোত্যুগ্রোঽনন্ততেজা বিশিষ্টঃ ॥৪৬॥
সর্বে দেবা মর্ত্ত্যসংজ্ঞাবিশিষ্টাস্তস্মাৎ পুত্রং মা শুচো রাজসিংহ । ।

---

অদুদা, মিথ্যাচারী ওইবাশিংগীদি মখোয়না তৌরুবা অধর্ম্ম অদুমত্তনা মখোয়বু অরাবগী ঈপাক্ত অত্তম্ লুপহল্লগনি । অদুনা মৃত্যু নহাক্না পুগদবা পাপকী মরীক অমত্ত লৈতে । অরাব-নুংঙাইতবা শাউনিংবা পূম্বা থাদোক্তুনা, নহাক ভাসদগী জীবাত্মাশিংবু হকচাং-হকচাং থিবক্তগী লৌশিন্নবা তৌরো ॥৪২॥ নারদনা হায় :—ব্রহ্মানা "মৃত্যু"—অমুম্হায়না মমিং থোন্নবিরবী মৃত্যু দেবী অদু লোকনিন্দাবু কিবদগী অদুগা ব্রহ্মাগী য়াথং মতুং ইন্না সংহারগী থবক তৌবা হৌখ । মৃত্যুনা জীবপানবশিংগী অন্তকালদা মপন্নাইবু পুত্তনা হেক্-হেক্ চংলি ॥৪৩॥ জীবপানবাশিংনা মশান তৌজবা কর্ম্মখিবিক্না মরম্ ওইদুনা মৃত্যুবু অন্তকালদা হেক-হেক কৌশিল্ল । কর্ম্ম হায়ববু আধি-ব্যাধিনচিংবা অদুনি । ব্যাধ হায়ববু, অদুগুম্বা লায়না অদুনা প্রানীশিংগী হকচাংবু কংহন্দবদুবনি । অন্তগী মতম্দা অদুগুম্বা রোগ-ব্যাধিশিং অদুনা মৃত্যুবু লাউ হায়দুনা হেকহেক কৌই । অদুনা মহারাজ! অদুগুম্বী মৃত্যু অদুগীদমক মহারাজনা শক রাবকম্ থোক্কে ॥৪৪॥ থরাই পান্বা শিংসিগী পুন্শিনা লোইশিল্লকপদা ইন্দ্রিয়শিং অসিনা অতোপ্প চৎথ্রবা জীব অদুগী হকচাংদা লৈকম্ ওইরক্ই । জীব অদুনা তৌরম্-তৌরম্ব কর্ম্ম অদুগী মহৈ অদু হেক চাব লোইবদা অতোপ্প মথংগী দেহ অমদ হেক চাডও । অদুনা মহারাজ! জীবনা হকচাং অমদগী হকচাং অমদা চৎপাসিগুম্দনা ইন্দ্রিয়শিং অসিসু কোয়চৎ চৎলিবনি । তৌরম্-তৌরম্বা কর্ম্ম অদুনা হেক-লোইবদা ইন্দ্রিয়শিং অদু অমুমুক হাপ্পিল্লকই ॥৪৫॥

অকিবগী মশক্ ওইরবা, চক্চাংগুদা আকব কংনা শব্দ তৌরবা, কল্লবা অমনা থিংবা লাক্পা য়াত্রবা প্রাণবায়ু কৌবা শুংশিংনা হকচাং অাস হোগাই থিন্গাইদনা মপান্গী মহাবায়ুদা তিনখি । মপাঙ্গদ কল্লবা প্রাণবায়ু অসিনা অমুক্তং হকচাংগী মপান্দবু থোকপ হৌথ্রবদি, অমুক্ কৌশিন্চিংশিনবা য়াত্রে । চিন নাকোং নাত্তোয়চিংবা কুপশিন মেশিন্দুনা থম্বত্তু

স্বর্গং প্রাপ্তো মোদতে সত্ত্বযুক্তো নিত্যং রম্যান্ বীরলোকানবাপ্য ॥৪৭॥
ত্যক্ত্বা দুঃখং সঙ্গতঃ পুণ্যকৃদ্ভিরেষা মৃত্যুর্দেবদিষ্টা প্রজানাম্।
প্রাপ্তে কালে সংহরিত্রী যথাবৎ স্বয়ং কৃতা প্রাণহরা প্রজানাম্ ॥৪৮॥
আত্মানং বৈ প্রাণিনো ঘ্নন্তি সর্ব্বে নৈনং মৃত্যুর্দণ্ডপাণির্হিনস্তি।
তস্মান্মৃতান্ নানুশোচন্তি ধীরাঃ সত্যং জ্ঞাত্বা নিশ্চয়ং ব্রহ্মসৃষ্টম্ ॥৪৯॥

## দ্বৈপায়ন উবাচ। *

এতচ্ছ্রুত্বার্থবদ্বাক্যং নারদেন প্রকাশিতম্।
উবাচাকম্পনো রাজা সখায়ং নারদং তদা ॥৫০॥
ব্যপেতশোকঃ প্রীতোঽস্মি ভগবন্নৃষিসত্তম।
শ্রুত্বেতিহাসং ত্বত্তস্তু কৃতার্থোঽস্ম্যভিবাদয়ে ॥৫১॥
তথোক্তো নারদস্তেন রাজ্ঞা ঋষিবরোত্তমঃ।
জগাম নন্দনং শীঘ্রং দেবর্ষিরমিতাত্মবান্ ॥৫২॥
পুণ্যং যশস্যং স্বর্গ্যঞ্চ ধন্যমায়ুষ্যমেব চ।
অস্যেতিহাসস্য সদা শ্রবণং শ্রাবণং তথা ॥৫৩॥
এতদর্থপদং শ্রুত্বা তদা রাজা যুধিষ্ঠির।
ক্ষত্রধর্ম্মঞ্চ বিজ্ঞায় শূরাণাঞ্চ পরাং গতিম্।

---

মতাঙ্কি কদোমদনো অহুম্ তকৃচাংদগী মপান্ মথোক্‌থগদবনি ॥৪৬॥ মর্ত্ত্য হায়বা মিংথোল অসে, ইন্দ্রগী পুম্নমক্ অসিনা অহুগা জীব অসিগীস্নুনি। অহনা, নিংথৌ! নচাগী মৃত্যু ওই-থ্রিবাসিগীদমক থম্মোগ শোক থক্ বাবিকগনু। মরম্ অ নচ ইবুংঙোদো হেক্তিক লাইরৈবাক্ত অকন্‌বা অমনা কম্‌গদব আসনদা কমহুনা য়াম্না নুংঙাইন লৈরি ॥৪৭॥ মহাক্ অদো মর্ত্ত্য-লোককী অরাব-কাম্নদবপুম্ব'স থাদোক্কুনা পুণ্য চেল্লবশিং অতগা লোয়ননা নুংঙাইনা স্বর্গদা লৈরি। অহনা, ব্রহ্মানা জীব পানবশিং অসিগী থরাক্ত লৌশল্লবগীদমক্তা শেম্‌থ্রবী মৃত্যু কৌবী লাইরেম্বীহুনা. মতাক্তী য়াবং মতৃইন্না, মতম চানা জীব পান্‌বশিংসগী প্রাণবায়ুবু হেক হেক লৌশল্লি ॥৪৮॥ অহুনা, প্রাণীশিংসনা অপাম্ব মিতৌবা অশ ওনগী মথা পোনখিহনা মশানা মশাগী মাঙখিনবা মূচ্ছ'খননবসি শীনজ্যানি। মৃত্যু মাগীদু দেষ করবত লৈতে। মৃত্যু কৌবী মশানা মথুক্ত দণ্ড পায়হনা মশামক্ লাক্কুন থরাক্তপানবা অমতন হাৎলবা লৈতে। অহুনা জ্ঞানীশিংনা তৌরবপুম্বসি ব্রহ্মা বিধাতানা যেক্কুন থম্‌থ্রবনি হায়না খন্দুনা শিংথ্রবশিং অহুগীদমক্ থোইনা য়াক্রবা তোনদে ॥৪৯॥ বেদব্যাসনা হায়ঃ—নারদন লৌবীবা য়ারীসি তাবদা অকম্পন কৌবা নিংথৌহুনা নারদদা অসুম হায়রক্ই—॥৫০॥ ঋষি অথোইবা! মুণিদেবগী মকম্‌দগী য়ারী অসি তাবদা ঐগী অরাবা-চংনবপুম্বা কোক্‌থ্রে। হৌজাক্ত পেঞ্জরে, নুংঙাইজরে। ননাই ঐ থুরুম্‌জরি ॥৫১॥ অকম্পান নিংথৌনা অসুম্ হায়রবদ ঋষি অথোইবা. মহাজ্ঞানী নারদ অসি মকম্ অহদগী চৎখি ॥৫২॥ মতম্ লৈবখিবিক্ত অসিগুম্ব য়ারীসিবু তারিবা তাহল্লিবা নীঙ্‌শিংলিবা মীশিং অহুন্দ-পুণ্য, ধর্ম্ম, লন, মিংচৎ পুম্বা কংবা ওন্মি ॥৫৩॥ অহুনা যুধিষ্ঠির! কল্লবা, মহারথী ওইরবা অকম্পন হায়বা নিংথৌ অহু নারদগী মচিন্দগী অসিগুম্ব পুণ্য চেল্লবা য়ারী অাস তাহুনা,

সংপ্রাপ্তোঽসৌ মহাবীর্য্যঃ স্বর্গলোকং মহারথঃ ॥৫৪॥

অভিমন্যুঃ পরান্ হত্বা প্রমুখে সর্বধন্বিনাম্। যুধ্যমানো মহেষ্বাসো হতো হ্যভিমুখো রণে ॥৫৫॥

অসিনা গদয়া শক্ত্যা ধনুষা চ মহারথঃ। বিরজাঃ সোমপুত্রঃ স পুনস্তত্র প্রলীয়তে ॥৫৬॥

তস্মাৎ পরাং ধৃতিং কৃত্বা ভ্রাতৃভিঃ সহ পাণ্ডব!। অপ্রমত্তঃ সুসংরব্ধঃ শীঘ্রং যোদ্ধুমুপাক্রম ॥৫৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্বণি

অভিমন্যুবধে মৃত্যুপ্রজাপতিসংবাদে ষটচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ।০। *

---

মতম্ কুইনা অকনবগী অমদি ধর্ম্মগী থবক্ তৌহনা পুনশি মন্নগা নোংগাখি ॥৫৪॥ নচানিপা অকন্‌বা অকিরবী ওইরবা অভিমন্যু হায়বদুনা মর্ত্ত্যলোক অসিদা লালকমদা অকন্‌বগী তৌগদবা থবক্ পূম্বা মতোম্লোম্‌মম্‌হনা, রেরুব লিশিং লিশিংবু হাৎলম্‌হুনা মথমাই থ অরম্বনি ॥৫৫॥ চন্দ্রদেব (থা)গী মচা অভিমন্যু হায়বদো থাঙ্-ত-গদা তেলনচিংবগী পাম্বৈনা তাইবং হকচাং থাদোক্লুনা ঈমুং মুংঙাইনা চন্দ্রলোক্ত চৎপ্রে-লৈপ্রে ॥৫৬॥ অদুনা নিংথৌ! পাণ্ডুগী মচা! মপুন্‌সি লোইদুনা চৎপ্রবা নচা অভিমন্যু অহুগীদমক্ পোক্টনা রাব তেংকুননা, ননাওশিংগা লোয়ননা অথুম মথং শোরুনব তোৎনরো ॥৫৭॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যু বধগী মতাংদা-মৃত্যু-প্রজাপতি সংবাদগী নিফুতরুক শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

## সপ্তত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ।

( অভিমন্যু শিবগী মতাংদা যুধিষ্ঠিরগা ব্যাসগা ওাওনবা—মথং)

নিফুতরেৎশুবা অধ্যায়ঃ ।

—ঃ(০)ঃ—

### সঞ্জয় উবাচ ।

শ্রুত্বা মৃত্যুসমুৎপত্তিং কর্ম্মাণ্যনুপমানি চ । ধর্ম্মরাজঃ পুনর্ব্বাক্যং প্রসাদ্যৈনমথাব্রবীৎ ॥১॥

### যুধিষ্ঠির উবাচ ।

গুরবঃ পুণ্যকর্ম্মাণঃ শক্রপ্রতিমবিক্রমাঃ । স্থানে রাজর্ষয়ো ব্রহ্মন্! অনঘাঃ সত্যবাদিনঃ ॥২॥
ভূয় এব তু মাং তথ্যৈর্বচোভিরভিবৃংহয় । রাজর্ষীণাং পুরাণানাং সমাশ্বাসয় কর্ম্মভিঃ ॥৩॥
কিয়ত্যো দক্ষিণা দত্তাঃ কৈশ্চ দত্তা মহাত্মভিঃ । রাজর্ষিভিঃ পুণ্যকৃদ্ভিস্তদ্ভবান্ প্রব্রবীতু মে ॥৪॥

### ব্যাস উবাচ ।

শিত্যস্য নৃপতেঃ পুত্রঃ সৃঞ্জয়ো নাম নামতঃ । সখায়ৌ তস্য চৈবোভাবৃষী পর্ব্বতনারদৌ ॥৫॥
তৌ কদাচিদ্গৃহং তস্য প্রবিষ্টৌ তদ্দিদৃক্ষয়া । বিধিবচ্চার্চ্চিতৌ তেন প্রীতৌ তত্রোষতুঃ সুখম্ ॥৬॥
তং কদাচিৎ সুখাসীনং তাভ্যাং সহ শুচিস্মিতা । দুহিতাভ্যাগমৎ কন্যা সৃঞ্জয়ং বরবর্ণিনী ॥৭॥

---

মৃত্যুদেবীগী হৌরককম্ অদুগা মাগী মথোনচিংবগী রারীসি তারবা তুংদা যুধিষ্ঠিরনা বেদব্যাসদ হায়খি ॥১॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ—ব্রাহ্মণ! পুণ্যকর্ম্ম ওাক্ত তৌগ্রবা, ইন্দ্রগুম্ কন্থোরবা, পাপকী শরুক য়াওদ্রবা, অচুম্বত ওাওবা ঈবুধৌ রাজর্ষিশিং অদুনা মতিক্ চার-চারবা খুভম্ কংকংদুনা চৎনখি ॥২॥ অদুনা মমাংঙৈগী রাজর্ষি অচৌবশিং অদুগী মরম্দা অদুগা মখোয়গী জীবনচরিতশিং অদু শল্পাৎন তাজনীভিও মাদু তাহন্বীদুনা চাক্‌লবা থম্মোয় অসি খর ঈংহনবিয়্ ॥৩॥ মতম্ অদুদা পালবা নিংথৌশিং অদুনা যজ্ঞ তৌবা মতম্দা দান-দক্ষিণা কয়ামুক্ তৌনরম্বগে? মহাত্মা ওইরবা পুণ্য কর্ম্ম তৌরবা নিংথৌশিং অদুগী দান-ধর্ম্মগী মরম্দা তাহন্‌বিরম্মু ॥৪॥ বেদব্যাসনা হায়ঃ—সৃঞ্জয় হায়বা শিত্য নিংথৌগী মচা অম লৈরম্মি। পর্ব্বত মুনিগা নারদ মুনিগা অনী অসি মাগী চান্নবা মরূপ ওইনা লৈরম্মি ॥৫॥ নোংমা, পর্ব্বতগা নারদগা মুনি অনী অসি মাগা উনগে হায়দুনা মাগী য়ুম্দ চৎলুই। সৃঞ্জয় হায়বা নিংথৌগী মচা অসিনা মরূপ মুনি অনীসিগী পূজা বিধিকায়দনা তৌই। মুনি অনীসি মাগী য়ুম্দা য়াম্ম নুংঙাইনা পোথাদুনা লৈখি ॥৬॥ নোংমা নিংথৌ সৃঞ্জয় অসি মুনি অনীসিগা কপ্পিরদুনা য়াম্মা নুংঙাইনা রারী শাদুনা

তয়াভিবাদিতঃ কন্যামভ্যনন্দদ্‌যথাবিধি । তৎসলিলাভিরাশীভিরিষ্টাভিরভিতঃ স্থিতাম্ ।৮।
তাং নিরীক্ষ্যাব্রবীদ্বাক্যং পর্ব্বতঃ প্রহসন্নিব । কস্যেয়ং চঞ্চলাপাঙ্গী সর্ব্বলক্ষণসম্মতা ।৯।
উতাহো ভাঃ স্বিদর্কস্য জ্বলনস্য শিখা ত্বিয়ম্ । শ্রীর্হ্রীঃ কীর্ত্তির্ধৃতিঃ পুষ্টিঃ সিদ্ধিশ্চন্দ্রমসঃ প্রভা ।১০।
এবং ব্রুবাণং দেবর্ষিং নৃপতিঃ সৃঞ্জয়োঽব্রবীৎ । মমেয়ং ভগবন্ । কন্যা মত্তো বরমভীপ্সতি ।১১।
নারদস্ত্বব্রবীদেনং দেহি মহ্যমিমাং নৃপ । । ভার্য্যার্থং সুমহচ্ছ্রেয়ঃ প্রাপ্তুং চেদিচ্ছসে নৃপ ! ।১২।
দদানীত্যেব সংহৃষ্টঃ সৃঞ্জয়ঃ প্রাহ নারদম্ । পর্ব্বতস্তু সুসংক্রুদ্ধো নারদং বাক্যমব্রবীৎ ।১৩।
হৃদয়েন ময়া পূর্বং বৃতাং বৈ বৃতবানসি । যস্মাদ্‌বৃতা ত্বয়া বিপ্র । মা গাঃ স্বর্গং যথেচ্ছয়া ।১৪।
এবমুক্তো নারদস্তং প্রত্যুবাচোত্তরং বচঃ । মনোবাগ্‌বুদ্ধিসংভাষাদত্তা চোদকপূর্বকম্ ।১৫।
পাণিগ্রহণমন্ত্রাশ্চ প্রথিতং বরলক্ষণম্ । ন ত্বেষাং নিশ্চিতা নিষ্ঠা নিষ্ঠা সপ্তপদী স্মৃতা ।১৬।

---

লৈ। মতম্ অসিদা মপান্‌গী হক্‌চাংগী গুণপুম্বনা লৈতেংলবী মীনোক্ কঙ্গবী নুপী মচা (কন্যা) অম মকম্ অদুদা হেক্ লাকই ॥৭॥ মহাক্‌ অসি নোঙ্কুরা থুরম্মগা নিংথৌদুগী ওয়রোম্‌দা তুমিল্ল লেপ্লুনা লৈ। নিংথৌম্ল মাবু তরাম্ তরাম্ল তৌবদুনা আশীর্ব্বাদ তৌবি ॥৮॥ কন্যা অদুবু উবদা পর্ব্বত মুনিনা মোমোম্লোক্লনা সৃঞ্জয়নিংথৌদা হংলকই:—মহারাজ! লক্ষণ পুম্বনা তিল্লবী, মমীৎ-মনা তথক্‌তথক্‌লবী নীঙাথজবী কন্যাসিদ কনানো? ॥৯॥ কন্যা অসিবু নু মৎকী ত্যাত (মঙাল) হায়বীদুরা? নত্রগা অগ্ন দেবগী শিখা (মৈরী) হায়বীদুর? নত্রগা লক্ষ্মীরা, লজ্জা (ঈকায়থিবী) হায়বীদুরা? নত্রগা কীর্ত্তিরা, ধৃতরা, পুষ্টিরা, সিদ্ধিরা? নত্রগা চন্দ্র (থা) গী প্রভা (মঙাল) হায়বীদুর?—মখোয়সিগী মদুংদা কনানো? ॥১০॥

দেবর্ষি পর্ব্বত মুনিনা অস্নুম্না হায়বদা সৃঞ্জয় নিংথৌনা হায়রকইঃ-ভগবন্! নুপীমচা কন্যা অসে ঐগী ঈচানি। ঐগী ঈকম্‌দা বর নিগে হায়না লাক্লবা'ন ॥১১॥ নারদ মুনিনা হায়ঃ-নিংথৌ! পুন্‌শি অসিদা মঙ্গল য়াম্ল ওইবিনীডপাদি-ভার্য্যা ওইননা ঐঙোন্দ পীবিয়ু ॥১২॥ মাদু তাবদা নিংথৌ সৃঞ্জয়না থোইদোক্লা নু ভাইথদুনা নারদদাঃ-মুনিদেব! ঐ শোয়দনা পীজগনি" অস্নুম্না হায়রকই—মাদু তাবদা পর্ব্বত মুনি অাস থোইদোকনা শাউনা নারদদা অস্নুমনা হায়রকই— ॥১৩॥ "নারদ! ঐনা থাম্ল পুক্লংদা ঐগী ভার্য্যা ওইহনগে হায়না খল্লবী নুপীমচা অসিবু কন্যাগী লোগে হায়রিবনো? করে, ব্রাহ্মণ! নহাক্লা নুপীমচা অসিবু লোগে হায়না খল্লবদি অদুগা মরোম্লবাদ, নহাক্লা অমুক স্বর্গদা চৎপা ঙম্‌দবা ওইয়ু" ॥১৪॥ পর্ব্বত মুনিনা অস্নুম্না হায়রবদা নারদ মুনিনা অস্নুম্ন হায়রকইঃ—দান তৌগে হায়না পুক্লংদা লেপ্‌প্রবা, "পীগনি" হায়বা ৱাহৈ অসি হায়দোকপ্রবা, দানগী মতম্ লেপ্লপ্রবা, খুৎ্রা ঈশিং লোন্থনা পীজগগে-কচ্চগে" অস্নুম্না হায়প্রবা—অসি পুম্নমক কন্যাদান তৌপ্রবগা অমান্নি ॥১৫॥ অসিগী তুংদা বরকন্যা অনীগী পাণিগ্রহণগী হায়বদি থুংকা থুংক পায়নবগী বেদ মন্ত্র পাঠ তৌপ্রবদি বরকন্যা অনিদুগী পতি পত্নীত্বভাব হায়বদি মতৈমনাও ওইবগী ধর্ম্ম অদ্র অদুম্ পোক্লে।

অনুৎপন্নে চ ভার্য্যাত্বে মাং ত্বং ব্যাহৃতবানসি। তস্মাত্ত্বমপি ন স্বর্গং গমিষ্যসি ময়া বিনা।
অন্যোন্যমেবং শপ্ত্বা বৈ তস্থতুস্তত্র তৌ তদা ॥১৭॥

অথ সোঽপি নৃপো বিপ্রান্ পানাচ্ছাদনভোজনৈঃ। পুত্রকামঃ পরং শক্ত্যা যত্নেনোপাচরচ্ছুচিঃ ॥১৮

তস্য প্রসন্না বিপ্রেন্দ্রা কদাচিৎ পুত্রমীপ্সবঃ। তপঃস্বাধ্যায়নিরতা বেদবেদাঙ্গপারগাঃ।
সহিতা নারদং প্রাহুর্দেহস্মৈ পুত্রমীপ্সিতম্ ॥১৯॥

তথেত্যুক্তা দ্বিজৈরুক্তঃ সৃঞ্জয়ং নারদোঽব্রবীৎ। তুভ্যং প্রসন্না রাজর্ষে। পুত্রমীপ্সন্তি ব্রাহ্মণাঃ।
বরং বৃণীষ ভদ্রং তে যাদৃশং পুত্রমীপ্সিতম্ ॥২০॥

তথোক্তঃ প্রাঞ্জলী রাজা পুত্রং বব্রে গুণান্বিতম্। যশস্বিনং কীর্ত্তিমন্তং তেজস্বিনমরিন্দমম্ ॥২১॥

যস্য মূত্রং পুরীষঞ্চ ক্লেদঃ স্বেদশ্চ কাঞ্চনম্। সুবর্ণষ্ঠীবিরিত্যেবং তস্য নামাভবৎ কৃতম্ ॥২২॥

তস্মিন্ বরপ্রদানেন প্রবর্দ্ধতামিতে ধনে। কারয়ামাস নৃপতিঃ সৌবর্ণং সর্ব্বমীপ্সিতম্ ॥২৩॥

---

অদুগা, হায়রিবা থবকশিং অসি লোইনা পাওখোকপ্রবসু, বিবাহ কর্ম্ম হায়গদুদি ওইদ্রি। বর-কন্যা অনীনা থুক্লেং পাল্লোইনন। সপ্তপদীগমন তৌরবতদা হায়বদি খোঙ্গাপ্ তরেৎ চৎমিন্নরবতদ। বিবাহ কর্ম্ম হায়বদু ওই ॥১৬॥ মরম্ অদুনা নুপীমচা অসিনা ঐগী ভার্য্যা ওইদ্রিবৈনা নংনা ঐঙোন্দা লান্ন শাপ তৌখিবগী দোষ অদুনা নহাক্সু স্বর্গদা চৎপা-য়্যোবা ঙম্দবা ওইয়্যু। নারদগা পর্বতগা মুনি অনী অসি অমগমগ শাপ তৌনদুনা, স্বর্গ কাব য়ানদদুনা মফম অদুদা লৈখি ॥১৭॥ অদুগী তুংদা নিংথৌ সৃঞ্জয় অদুসু মচানিপা অম পোক্নীংদুনা, অচাপক্ মথল্ মখল্ল ব্রাহ্মণশিংগী সেবা য়াম্ন নীঙ্থিনা তৌগনা লৈখি ॥১৮॥ তপস্যা, বেদপাঠ, যাগযজ্ঞদা পূক্নীং চঙলবা অদুগা বেদবেদাঙ্গ পূম্ব হৈরবা ব্রাহ্মণশিং অদুনা পেনথ্রদুনা, নোংমা, ময়াম্ তিম্নদুনা, নিংথৌ অদুগী মচা পোক্হন্নীঙদুনা, নারদগী মফম্দা লাক্লুনা "মুনিদেব! নিংথৌ-সিগী মচা নিপা অম পোক্গন্বিয়ু"—অসুম্না হায়ররে ॥১৯॥ "করে, পোক্লসনু" অসুম্না হায়রবদা, মাদু ব্রাহ্মণশিং অদুনা নিংথৌদা তম্মুরে। ওহাক্ নৈরগা নারদনা নিংথৌ সৃঞ্জয়দা লাক্লুনা হায়রৈ—"নিংথৌ! ব্রাহ্মণশিং অসি মহারাজগী সেবাদা য়াম্না পেল্লে, মহারাজদা পুত্র ফংননবা বরদান অম তৌগে থল্লি। অহনা মহারাজনা নচাইবুত্তো অম ফংবিনীঙলবদি পুত্রলাভ ওইননবা বর অম নিবিয়ু! মঙ্গল ওইসনু—" ॥২০॥

নারদনা অসুম্না হায়রবদা নিংথৌ সৃঞ্জয়না খুং লোম্নদুনা, মকোক্ নোম্না নারদগী মফম্দগী মতীক্মগুণ চাউরবা, য়েক্নবগুবা, মমিং চৎলবা মচা অম ফংজগে হায়গনা বর নিখি ॥২১॥ (মতমচানা সৃঞ্জয় কৌবা নিংথৌসিগী মচা নিপা অম পোক্লে)। অঙাং অসিগী মথাদগী থোক্পা পোৎ মথৈ হায়বদি অমাং অশোয়,, খুমাং, নপ্-তিন পুম্বা সনাগী সনামক্ত ওই। অদুনা, ব্রাহ্মণশিংনা অঙাং অসিগী মমিং "সুবর্ণষ্ঠীবী" হায়না থোন্খি ॥২২॥ ব্রাহ্মণশিংনা মথং

গৃহপ্রাকারদুর্গাণি ব্রাহ্মণাবসথাস্তপি । শয্যাসনানি যানানি স্থালীপিঠরভাজনম্ ॥২৪॥
তস্য রাজ্ঞোঽপি যদ্বেশ্ম বাহ্যাশ্চোপস্করাশ্চ যে । সর্বং তৎ কাঞ্চনময়ং কালেন পরিবর্দ্ধিতম্ ॥২৫॥
(যুগ্মকম্)

অথ দস্যুগণাঃ শ্রুত্বা দৃষ্ট্বা চৈনং তথাবিধম্ । সংভূয় তস্য নৃপতেঃ সমারব্ধাশ্চিকীর্ষিতুম্ ॥২৬॥
কেচিত্তত্রাব্রুবন্ রাজ্ঞঃ পুত্রং গৃহ্ণীম বৈ স্বয়ম্ । সোঽস্যাকরঃ কাঞ্চনস্য তত্র যত্নং চরামহে ॥২৭॥
ততস্তে দস্যবো লুব্ধাঃ প্রবিশ্য নৃপতের্গৃহম্ । রাজপুত্রং ততো জহ্রুঃ স্বর্ণষ্ঠীবিনং বলাৎ ॥২৮॥
গৃহীত্বৈনমুপায়জ্ঞা নীত্বারণ্যমচেতসঃ । হত্বা বিশস্য চাপশ্যন্ লুব্ধা বসু ন কিঞ্চন ॥২৯॥
তস্য প্রাণৈর্বিমুক্তস্য নষ্টং তদ্বরদং বসু । দস্যবশ্চ তদান্যোন্যং জঘ্নুর্মূর্খা বিচেতসঃ ॥৩০॥
হত্বা পরস্পরং নষ্টা কুমারঞ্চাদ্ভুতং ভুবি । অসম্ভাব্যং গতা ঘোরং নরকং দুষ্টচারিণঃ ॥৩১॥
তং দৃষ্ট্বা নিহতং পুত্রং বরদত্তং মহাতপাঃ । বিললাপ সুদুঃখার্ত্তো বহুধা করুণং নৃপঃ । ॥৩২॥
বিলপন্তং নিশম্যাথ পুত্রশোকহতং নৃপম্ । প্রত্যদৃশ্যত দেবর্ষির্নারদো নৃপসন্নিধৌ ॥৩৩॥

---

মথং শীরকপা বরদান অদুগী মহৈনা, নিংথৌ অগুগী লন্‌থৈপুংগৈ-ধনজন পুম্বা নোংম নোংমগী চাওখৎখি। অদুদগী নিংথৌ অদুনা মহাক্কী শীজিন্নবা পোচ্চে পুম্বা সনাগী সনামক্ত ওইহনখি ॥২৩॥ য়ুমকৈ পুম্বা, চেকপল, ফুরাদালাল্ পুম্বা, কমুক্কাপুং, কম্ফম্ তাঙ্‌বল, আসন, কোল্লৌগ, সুমিৎ খুদিংগী শীজিন্নবা পাত্র পুম্বা শগোলশামুগী লৈতেং, রথদলাইনচংবা পোংপুম্বা সনানা শাবামক্ত ওইখ্রে ॥২৪–২৫॥ অদুগী তুংদা হুরানবা ডাকু শংনা, নিংথৌমচাগী গুণ অদু তাবদা, অদুগা নিংথৌ অদুগী রাজসম্পত্তি বৈভব অদু তাবদা মবল মথুম্ হুগে হায়না খল্লকলে ॥২৬॥ হুরানবা ডাকু খরনা হায়নখি—“ঐখোয়না নিংথৌমচা আসিত চেক্ত মহুরানি। মরমদি মহাক্ অসি সনাগী খোং (খোক্‌কম্) নি। অদুনা ঐখোয় পুম মাবু ফাননবা তৌসি” ॥২৭॥ অদুদগী, নোংমা, হুরানবা ডাকুশিং অদুনা কেনুদা চঙ্‌শিল্লকুনা নিংথৌ মচা অদুবু নম্‌দুনা কাদুনা পুখ্রে ॥২৮॥ মতুং অদুদা, সনা থোক্‌খিবগী অথোইবা মরম্ অমাদ মীশক্ মুম খঙ্‌লবা, অপাম্বনা ইপা পাখৎলবা, মথৌনা শুম্‌হৎপ্রবা হুরানবশিং অদুনা, বনদা নিংথৌ মচাদুবু পুথোক্‌খিদুনা, মতুপ্‌ মঙ্গল থোক্ক কক্‌থৎতুনা য়েংবদা সনা মচেৎ অমতম্ব ফংখ্রে ॥২৯॥ নিংথৌমচা অদুনা হেক্ শিখিবদগী নিংথৌ অদুগী মরম মথুম্ পুম্নক্ নোংম নোংমগী মখোং তাথরকলে, মুথরকলে। হুরানবাশিং অদুসু মহৈ-মহৈ শাউনবদগী অমগমগ হাৎনদুনা লোইনা শিনখ্রে ॥৩০॥ জগত্ত অঙকপা ওইনা পোক্লব নিংথৌ মচা অদুবু হাৎলুবগী ডাকুশিং অদুসু অম্‌থিরবা নরককী কুণ্ডদা তাখি ॥৩১॥ অসোমদা তপস্যা কল্লবা নিংথৌ সৃঞ্জয় অদুসু ব্রাহ্মণগী বরদগী ফংজবা মচা অদুনা বম্বা মচেৎ মচেৎ তানা লৈরম্বদু উবদা, তেংথা নাওইনা কপ্‌খি ॥৩২॥ অদুগী তুংদা সৃঞ্জয়না মচা কায়নবগী মৈচাক্কা মথাই পুথমদনা কপ্‌তুনা লৈরে

উবাচ চৈনং দুঃখার্ত্তং বিলপন্তমচেতসম্ । স্বপ্নমং নারদোঽভ্যেত্য তন্নিবোধ যুধিষ্ঠির ! ॥৩৪॥
কামানামবিতৃপ্তস্ত্বং সৃঞ্জয়েহ মরিষ্যসি । যস্য চৈতে বয়ং গেহে উষিতা ব্রহ্মবাদিনঃ ॥৩৫॥
আবিক্ষিতং মরুত্তঞ্চ মৃতং সৃঞ্জয় ! শুশ্রুম । সংবর্ত্তো যাজয়ামাস স্পর্দ্ধয়া বৈ বৃহস্পতেঃ ॥৩৬॥
যস্মৈ রাজর্ষয়ে প্রাদাদ্ধনং বৈ ভগবান্ প্রভুঃ । হৈমঃ হিমবতঃ পাদং বিষক্তোবিবিধৈঃ সবৈঃ ॥৩৭॥
যস্য সেন্দ্রামরগণা বৃহস্পতিপুরোগমাঃ । দেবা বিশ্বসৃজঃ সর্ব্বে যজনান্তে সমাসতে ॥৩৮॥
যজ্ঞবাটস্য সৌবর্ণাঃ সর্ব্বে চাসন্ পরিচ্ছদাঃ । যস্য সর্ব্বং তদা হ্যন্নং মনোঽভিপ্রায়গং শুচি ॥৩৯॥
কামতো বুভুজুবিপ্রাঃ সর্বে চান্নার্থিনো দ্বিজাঃ । পয়ো দধি ঘৃতং ক্ষৌদ্রং ভক্ষ্যং ভোজ্যঞ্চ শোভনম্ ॥৪০॥
যস্য যজ্ঞেষু সর্ব্বেষু বাসাংস্যাভরণানি চ । ঈপ্সিতান্যুপতিষ্ঠন্তি প্রহৃষ্টান্ বেদপারগান্ ॥৪১॥
মরুতঃ পরিবেষ্টারো মরুত্তস্যাভবন্ গৃহে । আবিক্ষিতস্য রাজর্ষের্বিশ্বেদেবাঃ সভাসদঃ ॥৪২॥
(কুলকম্)

যস্য বীর্য্যবতো রাজ্ঞঃ সুবৃষ্টা শস্যসম্পদঃ । হবির্ভিস্তর্পিতা যেন সম্যক্ ক্লৃপ্তৈর্দিবৌকসঃ ॥৪৩॥
ঋষীণাঞ্চ পিতৄণাঞ্চ দেবানাং সুখজীবিনাম্ । ব্রহ্মচর্য্যশ্রুতিমুখৈঃ সর্ব্বৈর্দানৈশ্চ সর্ব্বদা ॥৪৪॥

---

হায়রসি তাবদা দেবর্ষি নারদ অসি মকম্ অহুদা থুংতরে ॥৩৩॥ যুধিষ্ঠির ! নিংথৌ সৃঞ্জয়না মচা কায়নবগী মৈনা চাক্লনা লৈরিবা মকম্ অহুদা নারদনা লাক্লনা তাক্লিবা পাউতাক্লিশিং অহু তাও ॥৩৪॥ নারদনা হায় ঃ—সৃঞ্জয় ! বেদবাদী ওইবা ব্রাহ্মণ ঐখোয়মক্তা মাগী য়ুমদা লৈরিবা অহুম্ ওইবা নিংথৌ নহাক্তা, সংসারগী বিষয়ভোগ পেন্মন্দহুনা করিগী শিগনি ? ॥৩৫॥ বৃহস্পতিগা শীভনহুনা সংবর্ত্তমুনিনা যজ্ঞ তৌবিখিবা, অবিক্ষিতগী মচা নিংথৌ মরুত্ত হায়বহুস্ নিংথৌ নহাক্লম্না সংসারগী বিষয়ভোগ পেন্মন্খিদবগী মথ্‌ৱাই থাখি—হায়না ঐখোয়না তায় ॥৩৬॥ ভগবান্ মহাদেবনা অহুগুম্বা রাজর্ষি অহুদা যজ্ঞ তৌননবগীদমক্ হিমালয়গী মনাক্ত চিক্লবা ঈওলবা মকম্ অম পীখিবা, অহুগুম্ব রাজর্ষি অহুগী যজ্ঞ অহুনা লোইরবদা ইন্দ্রনচিংবা দেবতা ময়াম্না মাগী যজ্ঞ মকম অহুদা লাক্লিবা, অহুগুম্ব রাজর্ষি অহুগী যজ্ঞ মাণ্ডপ মন্নুংদা লৈরিবা পোচ্চে পাত্র পুম্নমক্ সনাগী সনামক্ত ওইখিবা, যজ্ঞদা লাক্লিবা মী থুদিংগী অচাথক্ পুথম্ মানমানা চানীওবা পাম্নবগী মতুং ইন্না পীজখিবা, অহুগুম্বা রাজর্ষি অহুগী যজ্ঞদা লাক্লিবা য়াওরিবা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, জাতিগী মীপুম্ খুদিংনা শঙ্গোম্ মাখন, দধি, অথুম অহাউ মতীক চানা চানা মবুক পেন্ন চাব কংখিবা, অহুগা অমুক্নু, অহুগুম্ব রাজর্ষি অহুগী যজ্ঞদা লাক্লিবা ব্রাহ্মণ-মুনি পুম্নমক্না সনালুপা মণিমুক্তা, লীকোল লৈতেং পুম্বা মতীক চানা কংখিবা—অহুগুম্বা অবিক্ষিতগী মচা নিংথৌ মরুত্ত হায়বহুগী শঙ্গায়মুংদা দেবতাশিংমক্তা চাহুনা থক্লনা লৈখিবগি বিশ্বেদেবতাশিং মক্তা মাগী সভাগী সভাসদ্ ওইখ্রিবনি ॥৩৭—৪২॥ মরুত্ত হায়বা নিংথৌ অসিগী লৈপাক্তা মজম্ চানচানা লোংচুহনা ঋতুঋতুগী মহৈ মরোং পুম্বা মখেক্ চুম্না মরাঙ্ কায়না

শয়নাসনযানানি স্বর্ণরাশীংশ্চ ভূস্ত্যজান । তৎ সর্ব্বমমিতং বিত্তং দত্ত্বা বিপ্রেভ্যা ইচ্ছয়া ॥৪৫॥ *
সোঽনুধ্যাতস্তু শক্রেণ প্রজাঃ কৃত্বা নিরাময়াঃ । শ্রদ্দধানো জিতান্ লোকান্ গতঃ পুণ্যদুহোঽক্ষয়ান্ ॥৪৬॥
(কলাপকম্)
সপ্রজঃ সমুপামাত্যঃ সদারাপত্যবান্ধবঃ । যৌবনেন সহস্রাব্দং মরুত্তো রাজ্যমন্বশাৎ ॥৪৭॥
স চেন্মমার সৃঞ্জয় । চতুর্ভদ্রতরস্ত্বয়া । পুত্রাৎ পুণ্যতরস্তভ্যং মা পুত্রমনুতপ্যথাঃ ।
অযজ্বানমদাক্ষিণ্যমভি শ্বৈত্যেত্যুদাহরৎ ॥৪৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
অভিমন্যুবধে আভিমন্যুপবাক্রমে দ্বিপঞ্চাশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

কংখি। মরুত্ত হায়বা রাজর্ষি অসিনা বেদশাস্ত্রগী মতুং ইন্না, নিয়ম কায়দনা হবিষনচিংবনা যজ্ঞ তৌরদুনা দেবতা পুম্ববু পেলহন্খি। মতম্ অয়াম্বদা ব্রহ্মচারী ওইদুনা, বেদপাঠনচিংনদা পুক্নী চঙহনা, মাতৃ পিতৃলোক অমদি দেবতা ঋষি পুম্মকপু নিংথৌ মরুত্ত হায়বসিনা পেলহন্খি। ব্রাহ্মণ মুনাখবিক্তা মানা মানা পাম্বা, শেৎনীঙ্ চানীঙবদুগা মতুং ইন্না শেৎচানবা পীদুনা, মশীং লাকপমদনা শনালুপা মণিমুক্তা দান তৌদুনা মথোয় পুম্বগী থম্মোয়দু ওমথৈলেতনা নুংঙাইহনাম্মি। ইন্দ্রমক্না নিংথৌ মরুত্তগী মঙ্গল ওইননবত খন্খি। অদুগুম্বা মরুত্ত কৌবা নিংথৌনা মতৌ অসুম্না প্রজাশিংবু সুখশান্তিদা থনমদুনা পরলোকত নোংগাখি ॥৪৩—৪৬॥ মরুত্ত কৌবা নিংথৌ অসিনা পাখং ওইরিঙৈ মতমদগী প্রজাশিং মন্ত্রীশিং অমাদ অশিংবা শাগৈ নাতৈ পুম্নী অঙাং মক্না রাজানডুনা লৌবায়াবমথৈ লৌদুনা লৈপাক্পু শাসন তৌখি ॥৪৭॥ "শ্বিত্যনন্দন, মহারাজ সৃঞ্জয়! মহারাজদগী হেন্না যাগযজ্ঞ ধর্ম্ম কর্ম্ম কয়া তৌগ্রবা দান কয়া তৌগ্রবা, মহারাজমক্তদগী হেন্ন পুন্য চেন্নবা মরুত্ত কৌব নিংথৌ অদুক্তাওবা মপুন্সি লোইরকপদা মীকুপ্ অমগী মনুংদা নোংগাখি। দানদক্ষিণা করিমতা তৌখিদ্রবা, যজ্ঞ তপস্যাসু তৌখিদ্রবা নচা ইবুঙো অদুগী মীকানদুনা করিগী থম্মোয় শোক্না তেংথা নাওইনা কপ্লিরি?" যুধিষ্ঠির? নারদনা মতৌ অসুম্না, সৃঞ্জয় নিংথৌদা পাউতাক্ পীবিখি ॥৪৮॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যুবধগী মনুংদা ষোড়ষরাজিকগী নিফুতরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥*॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## অষ্টচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ

### নিফুনিপালশুবা অধ্যায়ঃ

নারদ—সৃঞ্জয় সংবাদ, ( নিংথৌ তরাতরুক্তা রারী )

—:○:—

নারদ উবাচ।

সুহোত্রং নাম রাজানং মৃতং সৃঞ্জয়। শুশ্রুম। একবীরমশক্যং তমমরৈরভিবীক্ষিতুম্ ॥১॥

যঃ প্রাপ্য রাজ্যং ধর্ম্মেণ ঋত্বিঙ্মন্ত্রিপুরোহিতান্। সম্মান্য চাত্মনঃ শ্রেয়ঃ পৃষ্ট্বা তেষাং মতে স্থিতঃ ॥২॥
( যুগ্মকম্ )

প্রজানাং পালনং ধর্ম্মো দানমিজ্যা দ্বিষজ্জয়। এতৎ সুহোত্রো বিজ্ঞায় ধর্ম্মৈশ্চৈচ্ছদ্ধনাগমম্ ॥৩॥

ধর্ম্মেণারাধয়ন্ দেবান্ বাণৈঃ শত্রূন্ জয়ংস্তথা। সর্ব্বাণ্যপি চ ভূতানি স্বগুণৈরপ্যরঞ্জয়ৎ ॥৪॥

যো ভুক্তেমাং বসুমতীং ম্লেচ্ছাটবিকবর্জ্জিতাম্। যস্মৈ ববর্ষ পর্জ্জন্যো হিরণ্যং পরিবৎসরান্ ॥৫॥ (যুগ্মকম্)

হৈরণ্যাস্তত্র সরিতঃ স্বৈরিণ্যো ব্যবহন্ পুরা। গ্রাহান্ কর্কটকাংশ্চৈব মৎস্যাংশ্চ বিবিধান্ বহুন্ ॥৬॥

কামং বর্ষতি পর্জ্জন্যো রূপ্যাণি বিবিধানি চ। সৌবর্ণান্যপ্রমেয়াণি বাপ্যশ্চ ক্রোশসম্মিতাঃ ॥৭॥

নারদনা হায়ঃ— মহারাজ সৃঞ্জয়! ধর্ম্ম কায়দনা নিংথৌ ওইখিবা, পাত্রমিত্র পুরোহিত নচিংবা মতীকচানা ঈকায় খুম্নখিবা মখোয়গী মত মতুং ইন্না লৈপাক শাসন তৌখিবা, মপা লৈতনা কনবা, লান্দা দেবতাশিংমক্তসু মায়োক্পা ওমখিদবা, সুহোত্র কৌবা নিংথৌ অদুসু ইহলোক থাদোক্লুনা নোংগাখ্রবনি ॥১—২॥ প্রজাপালনগীদমক্, দান ধর্ম্ম তৌননবগীদমক্, যজ্ঞ অমদি য়েক্নবা ওয়নবগী থবক্তীদমক্ বিধিকায়দনা. মীগী মপুক্লীং নাহন্দনা শেল্ তান্খিবা সুহোত্র কৌবা নিংথৌনি ॥৩॥ নোংনা চহি কয়া চুপ্পা মহাক্কী লৈপাক্তা সনামক্ত চুথখিবনি। হুরান্বা ডাকুনচিংবগী মমিং কাওবা তাদবা অহুওম্বা চাউরবা রাজ্যবু ভোগ তৌহুনা, ধর্ম্ম কর্ম্মতনা স্বর্গগী লাইশিংবু পেলহন্লুনা, য়েক্নবা পুম্বা ওমহনা, মশা মথন্তগী গুণনা প্রজা পুম্নমক্তা মশাবু মাগী মাগী থম্মোয়দা লুংশিহল্লম্মি ॥৪—৫॥ অদুম্ ওইবা সুহোত্র কৌবা নিংথৌ অদুগী লৈবাক্তা, সনাগী মহীনা ঈচেল ওইনা চেন্বী, মীপুম্বনা থকপদা অমুত্তওথুম্মী তুরেলশিংনা সনাগী মচু মান্বা, মথল মখা অমাম্বা জলজন্তুশিংবু পুত্থনা সমুদ্র পাংনা চেন্থিরম্মি ॥৬॥ সুহোত্রগী রাজ্যদা নোংমদোম্বক্তগী নোংশিংনা সনা অমদি লুপানা শাবা পাত্র মখল্ মখল্ নোংমতীক্ শরীকী মতৌওম্ চুথহন্নম্মি। থুবক্ কয়া কয়া পাকপা কজরবা পুথ্রী

সহস্রং বামনান্ কুব্জান্ নক্রান্ মকরকচ্ছপান্। সৌবর্ণান্ বিহিতান্ দৃষ্ট্বা ততোহস্ময়ত বৈ তদা ॥৮॥
তৎ সুবর্ণমপর্য্যন্তং রাজর্ষিঃ কুরুজাঙ্গলে। ইজানো বিততে যজ্ঞে ব্রাহ্মণেভ্যো হ্যমন্যত ॥৯॥
সোঽশ্বমেধসহস্রেণ রাজসূয়শতেন চ। পুণ্যৈঃ ক্ষত্রিয়যজ্ঞৈশ্চ প্রভূতবরদক্ষিণৈঃ।
কাম্যনৈমিত্তিকাজস্রৈরিষ্টৈষ্টাং গতিমাপ্তবান্ ॥১০॥
স চেম্মমার সৃঞ্জয়! চতুর্ভদ্রতরস্তয়া। পুত্রাৎ পুণ্যতরস্তভ্যং মা পুত্রমনুতপ্যথাঃ।
অযজ্বানমদাক্ষিণ্যমভি শ্বৈত্যেত্যুদাহরৎ ॥১১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণ্যভি-
মন্যুবধে ষোড়শরাজিকে অষ্টচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

মক্ত লৈরম্মি ॥৭॥ হায়রিবা পৃথ্রীশিং অচুদা লৈবা সনাগী কুম্ভীর লিশিং লিশিং, ঙাকীহোং থেঙ্গুশিং অহু উরগা আউবশিংগী থম্মোয়দা অঙকৃপা সুঙাইবা পোক্‌খি ॥৮॥ হায়রিব সুহোত্র হায়ব নিংথৌসিনা অহুক য়াম্বা, রাং চাউরবা সনা লুপাগী মপৈশিং অচুবু, যজ্ঞ অম তৌবদা, ব্রাহ্মণশিংদা লোইনা দান তৌথোকদবনি হায়না মপূক্লীংদা লেপখি ॥৯॥ "নিংথৌ সুহোত্রনা অশ্বমেধযজ্ঞ লিশিং অম, রাজসূয় যজ্ঞ চামা, তৌখি। দানদা, বেদপাঠদা, তপস্যাদা পুক্লীং চঙলবা, মহারাজগী নচাঈবুঙোচুদগীসু হেন্না পুণ্যচেন্নবা অচুম্বা সুহোত্র মন্না মপুন্‌শি লোইচুনা চৎখ্রবদা, যজ্ঞ থোইনা তৌখিদ্রিবা, দানদক্ষিণা হান্না তৌখিদ্রিবা নচাঈবুঙোচুবুত নীঙ্‌শিংচুনা অনুতাপ তৌবা বিলাপ তৌবদি করিসু কারদে, তৌবিগনু।" যুধিষ্ঠির! নারদনা অসিগুম্বা রাশিং অসি নিংথৌ সৃঞ্জয়গী মকম্‌দা হায়খি ॥১১॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যুবধগী মমুংদা "ষোড়শরাজিক" গী নিফুনিপান্‌শুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ঊনপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ

### নিফুমাপলগুবা অধ্যায়

ষোড়শরাজিক ( নিংথৌ তরাতরুক্কী রারী )

—:(*):—

নারদ উবাচ।

রাজানং পৌরবং বীরং মৃতং সৃঞ্জয়। শুশ্রুম। যঃ সহস্রং সহস্রাণং শ্বেতানশ্বানবাসৃজৎ ॥১॥
তস্যাশ্বমেধে রাজর্ষের্দেশাদ্দেশাৎ সমীযুষাম্। শিক্ষাক্ষরাবিধিজ্ঞানাং নাসীৎ সংখ্যা বিপশ্চিতাম্ ॥২॥
বেদবিদ্যাব্রতস্নাতা বদান্যাঃ প্রিয়দর্শনাঃ। সুভিক্ষাচ্ছাদনগৃহাঃ সুশয্যাসনবাহনাঃ ॥৩॥
নটনর্ত্তকগন্ধর্বৈঃ পূর্ণৈর্বৈর্দ্ধমানকৈঃ। নিত্যোদ্যোগৈশ্চ ক্রীড়দ্ভিস্তত্র স্ম পরিহর্ষিতাঃ ॥৪॥

( যুগ্মকম্ )

যজ্ঞে যজ্ঞে যথাকালং দক্ষিণাঃ সোঽত্যকালয়ৎ। দ্বিপান্ দশসহস্রাখ্যানদাৎ কাঞ্চনসংবৃতান্।
সধ্বজান্ সপতাকাংশ্চ রথান্ হেমময়াংস্তথা ॥৫॥
যঃ সহস্রং সহস্রাণাং কন্যা হেমবিভূষিতাঃ। ধুর্য্যাশ্বগজারূঢাঃ সগৃহক্ষেত্রগোশতাঃ ॥৬॥

- - - - - - - - - - - -

**নারদনা হায় ঃ**—মহারাজ। সৃঞ্জয়। পুরুগী মচা নিংথৌ জনমেজয় হায়বতুস্সু শিঞ্রবনি। মহাক্না মতীক চায় চায়বা দানপাত্রশিংদা শগোল অঙৌবা লাখ তরা-তরা দান তৌখি ॥১॥ হায়ব্রিবা জনমেজয় হায়বা রাজর্ষি অসিগী অশ্বমেধ যজ্ঞদা ধর্ম্মশাস্ত্র বেদপুরাণ লোইনা হৈরখওলবা, জাতি মখল মখলগী, মশীং লাকওম্‌দবা পণ্ডিত জ্ঞানীমক্না সুমিৎখুদিংগী অতৎ অথম্ লৈতনা লাকখি ॥২॥ বেদবিদ্যাদা, যজ্ঞ তপস্যাদা থম্মোয় হকচাং শেংলবা, গুণ লৈরবা, মশক্ মতৌ ফীভম্ কজরবা, মশীং লাকওম্‌দবা পণ্ডিতশিং অহুনা জনমেজয় কৌবা নিংথৌ অদুগী যজ্ঞদা লাক্তুনা অচাথক্, ফিরোল্ মখল্ মখল্ সনা লুপা মণিমুক্তা, কজককজরবা কমুং ফামুং, আসন, শগোল শামু দোলাইনচিংবা বাহন মখল মখল ফংখি। মথোয় অহুব নিংথৌনা মখল মখা অয়াম্বা ঈশৈনা জগোঈনা, ময়ায় কায়বা অচাথক্না ময়ম্ ওইহনা সুমিৎ খুদিং পেল্‌হন্‌খি ॥৩—৪॥ নিংথৌ জনমেজয় হায়বহুনা, মহাক্না তৌবা যজ্ঞ খিবিক্তা মকম্ মতম্ চানা মথা তানিঙাই লৈতনা দান তৌখি। সনা মণিমুক্তানা লৈতেংলবা শগোল শামু লিশিং লিশিং সনাহৎপা ফিরাল্—পেনলৈতেংবা দোলাই লিশিং লিশিং দান তৌখি ॥৫॥ মহাক্না অতিথি

শতং শতসহস্রাণি স্বর্ণমালিমহাত্মনাম্। গবাং সহস্রাণ্যনুচরান্ দক্ষিণামত্যকালয়ৎ ॥৭॥
হেমশৃঙ্গ্যো রৌপ্যখুরাঃ সবৎসাঃ কাংস্যদোহনাঃ। দাসীদাসখরোষ্ট্রাংশ্চ প্রাদাদাজাবিকং বহু ॥৮॥
রত্নানাং বিবিধানাঞ্চ বিবিধাংশ্চান্নপর্ব্বতান্। তৎসর্ব্বং বিততে যজ্ঞে দক্ষিণামত্যকালয়ৎ ॥৯॥(যুগ্মকম্)
তত্রাস্ম গাথা গায়ন্তি যে পুরাণবিদো জনাঃ। অঙ্গস্য যজমানস্য স্বধর্ম্মাধিগতাঃ শুভাঃ।
গুণোত্তরাস্তে ক্রতবস্তস্যাসন্ সার্বকামিকাঃ ॥১০॥
স চেন্মমার সৃঞ্জয়। চতুর্ভদ্রতরস্ত্বয়া। পুত্রাৎ পুণ্যতরস্তভ্যং মা পুত্রমনুতপ্যথাঃ।
অযজ্বানমদাক্ষিণ্যমভি শ্বৈত্যেত্যুদাহরৎ ॥১১॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্বণি
অভিমন্যুবধে ষোড়শরাজিকে উনপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

অমমম্দা লৈনবা য়ুম্ চাম চাম, লৌকম্গা লোয়নবা শন্বী অমদি শল্লাবা, সনালুপানা লৈতেংবা শগোল শাম্ন চাম চাম দোলাইমথক্ত তোংবী, কিজেৎ লৈতেংবী কন্থা লখা তরা-তরা দান তৌখি ॥৬॥ নিংথৌ জনমেজয় হায়বসিনা যজ্ঞশিং অহুদা, সনরীক্ পন্থেনা লৈতেংবা মশামউ ৱাং চাউরবা, শল্লাবা কোটি অম, মখোয় অমমম্গী মীনায় লিশিং অমমম্গা লোয়নমা দক্ষিণাগুম্ দান তৌখি ॥৭॥ মচিদা সনা য়োম্বী, খুজীন্ লুপা য়োম্বী, মচাচেন্বী, সনাহৎলবা শেঙ্গেংগী খোমুয়া পাত্র লোয়নবী, শন্বী লিশিং লিশিং, অদুগা মীনায় নিপা নুপী কয়া কয়া, লোলা, উঁট, য়াউ, হামেং, অথুম্ অহাউ-গী চীংচুম মচা মচা, মণিমুক্তাগী লৈপুং মচা মচা কয়া, যজ্ঞ অদুদা লাকপা মীশিংদা য়েন্থোক্খি। হায়রিবসে মহারাজ! যজ্ঞগী দানদক্ষিণা অদুদা য়াওবা পোৎমক্তনি ॥৮—৯॥ বেদ পুরাণ খঙ্বা পণ্ডিত জ্ঞানীশিংনা নিংথৌ অসিগী মরম্দা, মহাক্কী মিংচৎকী স্তুতিবু মতৌ অসুম্না শক্লখি ঃ—

"অঙ্গদেশগী নিংথৌরেল, জনমেজয় কৌবনা তৌরিবা।
অমনা তৌগম্দবা যজ্ঞশিংসে, বিধি কায়দনা তৌইদো।
জগৎকী মঙ্গলগীদমক্তি, জীবগী নীওবা থুংনবনি।
নিংথৌ মশাদা লৈবগুণ অদুপ, যজ্ঞদা দান তৌইদো।
মতীক্মগুণনা চাউখৎপা অদুপ, থবক্ত চাওখৎপা উৎলিদো। ॥১০॥

"অদুনা শিত্যনন্দ, মহারাজ, সৃঞ্জয়! মহারাজদগী হেন্না বেদ পাঠ দান, যজ্ঞ তৌগ্রবা অদুগা মহারাজগী নচা ঈশ্বুণো লৈখিদ্রিবা অদুদগীসু হেন্না পুণ্য চেন্নবা, পুরুগী মচা জনমেজয়-গুম্বদুমক্তা মপুন্শি লোইচুনা নোংগাঞবদা, দানদক্ষিণাগা লোয়ননা যজ্ঞ তৌখিদ্রিবা নচা ঈবুঙোদুগী মিকানচুনা কপ্লিগী তেংথা নাওইনা কপ্লিরি?"—মহারাজ যুধিষ্ঠির! মতৌ অসুম্না নারদনা সৃঞ্জয় নিংথৌবু থেম্জিন্খি ॥১১॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা, সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা, "অভিমন্যুবধ"গী মনুংদা ষোড়শরাজিক"গী নিফুমাপলগুবা অধ্যায় লোইরে ॥×॥

# শ্রীমহাভারতম্

## পঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ

য়াৎখৈশুবা অধ্যায়

( ষোড়শরাজিক নিংথৌ তরাতরুকী য়ারী )

—:(০):—

নারদ উবাচ ।

শিবিমৌশীনরঞ্চাপি মৃতং সৃঞ্জয় । শুশ্রুম । য ইমাং পৃথিবীং সর্ব্বাং চর্ম্মবৎ সমবেষ্টয়ৎ ॥১॥
সা দ্রবীপাণবনাং বগয়ে ষেণ নাদনন্ । স শিবিঃবষ্টুগাস্বচ্ছমুখ্য সর্বসপত্নজিৎ ॥২॥ ( যুগ্মকম্ )
তেন যজ্ঞৈর্বহুভিরিষ্টং পর্যাপ্তবরদক্ষিণৈঃ । অবিহিংস্য জনানশ্চাপি বহু পুষ্কলম ॥৩॥
সর্বানৃদ্ধাভিষিক্তানাং সম্মতঃ সোঽভবদ্যুধি । অথকজচ্ছচাশ্বমেধৈবো বিজিত্য পৃথিবীমিমান্ ।
নিবগী লের্ব্বিজকনৈনিকতোটিগংসুন ॥৪॥
হস্ত্যশ্বপশুভিৎধ কৈশম্ব নৈগোংহতে পতিত্রগা । বিাবধাং পৃথিবীং পুনাং শিবিরুর্ব্বিল্পগাং কবোৎ ॥৫॥
যাবত্যো সর্বতো বানা যাব ত্যা দিবি তাবকা. । যাবন্ত্যঃ সিকতা গাঙ্গ্যো যাবন্মেরোর্মহোপলাঃ ॥৬॥

নারদনা হায়ঃ—মহারাজ সৃঞ্জয় । উশীনরগী মচা শিবি হাযবচুস্থ নোংগাখ্রে হাযনা তায় । মহাক্রা মহাক্কী রথগী খোঞ্জেলমক্তনা কনাগী চাঙ্, তুরেল, পাৎ, সমুদ্র বন-উপবননচিংবা পুম্নমক্ক লোয়ননা পৃথ্বী পুম্বনু পুম্বক্পা কৃপ্তুনা পৃথিবীগী নিংথৌ পুম্বনু ওমৃত্নুনা চাউববা যজ্ঞ অমত্তং পাওথোক্কে হাযনা খন্থি ॥১-২॥ মতুংদা মহাক্কা কনাগুম্বা-করিগুম্ব অমতনু হিংসা তৌদনা, ওমখৈ লৈতনা লম্মুম্ মপৈ খোম্গং পৈখত্নুনা, মখল্ মখা অথাম্বা দানদক্ষিণানা তিল্লবা যজ্ঞ কয়া বিধি কায়দনা পাওথোক্থ ॥৩॥ মহাক্কা পৃথিবীগী নিংথৌ অয়াম্বা জয় তৌদুনা মহৈ য়াম্না পীনহৈবা যজ্ঞ কথা তৌখি । মাতুদা সনা মপাক্ কোটি কয়া-কয়া দান তৌখি । মতম্ অতুগী খ্বাইদগী কন্বা মগুণ লৈবা নিংথৌদি শিবিনি হায়না মতম্ অতুগী ক্ষত্রিয় নিংথৌ পুম্নমা য়াখিবনি ॥৪॥ শিবি কৌবা নিংথৌসিনা ব্রাহ্মণশিংদা শগোল, শামু, শল্, কৌচেং য়াও, হাম্মেং অসিনচিংবা শাশিংগা লোয়ননা ভূমিদান তৌখি ॥৫॥

নোংমদোম্বক্তগী তারকপা, নোংগী মরীনা য়াম্বহুপ,
নোংমদোম্বক্তা থোক্লিবা, থরাম্মিচাক্কা য়াম্বহুপ,
গঙ্গাগী লৈওোই মরীকনা, ওম্থৈনাইদনা য়াম্বহুপ,
সুমেরু চীঙ্দা লৈম্বিবা, নুংকুপা মশীং য়াম্বঅহুপ,

উদর্ষ্ণে চ যাবন্তি রত্নানি প্রাণিনোঽপি চ ।    তাবতীরদদদ্গা বৈ শিবিরৌশীনরোঽধ্বরে ॥৭॥
(যুগ্মকম্)

নাবগাদন্তরং তস্য কশ্চিদন্যঃ প্রজাপতেঃ ।    ভূতং ভব্যং ভবিষ্যং বা নাধ্যগচ্ছন্ নরেশ্বরাঃ ॥৮॥
তস্যাসন্ বিবিধা যজ্ঞাঃ সর্ব্বকামৈঃ সমন্বিতাঃ ।    হেমযূপাসনগৃহা হেমপ্রাকারতোরণাঃ ॥৯॥
শুচি স্বাদ্বন্নপানঞ্চ ব্রাহ্মণাঃ প্রযুতাযুতাঃ ।    নানাভক্ষ্যৈঃ প্রিয়কথাঃ পয়োদধিমহাহ্রদাঃ ॥১০॥
তস্যাসন্ যজ্ঞবাটেষু নাদ্যঃ শুভ্রান্নপর্ব্বতাঃ ।    পিবত স্নাত খাদধ্বমিতি যত্রোচ্যতে জনৈঃ ॥১১॥
যস্মৈ প্রাদাদ্বরং রুদ্রস্তুষ্টঃ পুণ্যেন কর্ম্মণা ।    অক্ষয়ং দদতো বিত্তং শ্রদ্ধা কীর্ত্তিস্তথা ক্রিয়া ॥১২॥
যথোক্তমেব ভূতানাং প্রিয়ত্বং স্বর্গমুত্তমম্ ।    এতান্ লব্ধা বরানিষ্টান্ শিবিঃ কালে দিবং গতঃ ॥১৩॥
স চেন্মমার সৃঞ্জয় । চতুর্ভদ্রতরস্ত্বয়া ।    পুত্রাৎ পুণ্যতরস্তুভ্যং মা পুত্রমনুতপ্যথাঃ ।

---

সমুদ্র-ইপাক লৈখাদা, লৈবা মণিনা য়াম্বঅদুপ,
উশীনরগী মচা শিবিনা যজ্ঞদা দান তৌখি শন্ অদুপ ॥৬—৭॥

মমাতৈদা পান্খিবা কনাগুম্বা নিংথৌনা, শিবিন তৌখিবা অদুগুম্বা যজ্ঞ অমত তৌবা ঙম্খিদে । অদুগা ভুংদা লাক্কদবা নিংথৌশিংনা মাগুম্বা অমত তৌব ঙম্লোই । মমাতৈদা পান্খিবা, হৌজিক পাল্লিবা নিংথৌশিংনসু মাগুম্বা যজ্ঞ দান অমত তৌবা ঙমদে ॥৮॥ মহাক্না হেক্ তৌখিবা যজ্ঞ মখল্ মখল্দা লাক্লিবা-য়াওরিবা মীপুম্বনা যানিংবা-পাম্ব পোচৈ-মক্তনা থম্ম য়াওখি । যজ্ঞগী মণ্ডপ, যজ্ঞগী যূপ্বী, মী থুংঙনবা শঙ্, চেক্পল, আসন, পুম্নমক্ সনানা শাবা-থাম্বগাক্না ওইনা তৌই ॥৯॥ যজ্ঞশিং অদু তৌরিবৈদা লাক্লিবশিং অদুগী চানথক্লবা পোৎশিং অদু অমৃতত্তাক্ত ওইনা তৌই । শংঙোম চুগী, শঙ্গোমমপান পুখ্রীনা পীক্ পীক্ থম্মা লৈখি । মাগুদা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত লিশিং লিশিংনা, মনীত্ত মখা তম্মা অপন্বা লৈতনা মবুক্ পেম্ম পেম্ম চাখি । চানীঙ্, চানীঙবা চাহুনা মুংওাইনা ধর্ম্মশাস্ত্রগী য়াগী শাহুনা, নিংথৌগী মতীক মগুণ থাগৎনখি ॥১০॥ মহাক্কী যজ্ঞ মণ্ডপকী অকোয়বদা থী শঙ্গোমগী তুরেম্মা ঈচেল নাইনা চেন্খি । চাক্ য়েন্থাং অথুম্ অহাউ মখল মখল্মা চীঙথুম্গুম পৈ-পৈ লৈরম্মি "লোবিথো" "হাবিথো, কান্বিয়ু" অসিনচিংবা খোঞ্জেলমক্তনা পুম্নিন নিম্নখি ॥১১॥ দান হৈম্নবা, পুণ্য চেন্নবা শিবিনিংথৌগী থবক্ অসিদা পেনপ্রহুনা মহাদেব মশামক্না শিবিদা অমাঙ অতা লৈত্রবা ধনগী, মিংচেৎগী অমদি সৎকর্ম্মগী তত্তনা পুক্নীং চঙনবগী বরদান তৌবিখি ॥১২॥ অদুগা মহাদেবনা শিবিদা মীপুম্বনা নুংশিনবগী অদুগা স্বর্গ কংনবগী বর, পীবিখি । অদুগী তুংদা শিবি নিংথৌ অসি পুন্শিচুম ধর্ম্মকর্ম্মদা চাওথংপা কংহুনা মতম্গী গতি মতুং ইন্না লোংগাখি ॥১৩॥ "অদুনা,

অযজ্ঞানমদাক্ষিণ্যমভি শ্বৈত্যেত্যুদাহরৎ ॥১৪॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণ-
পর্ব্বণ্যভিমন্যুবধে ষোড়শরাজিকে পঞ্চচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

শ্বিত্যনন্দন, মহারাজ, সৃঞ্জয়! মহারাজমক্তদগী হেন্না দান তৌগ্রবা, যজ্ঞ তপস্যা তৌগ্রবা, অদুগা মহারাজগী নচা ঈবুঙো লৈখিদ্রিবা অদুদগী হেন্না পুণ্য চেল্লবা শিবিগুম্বা নিংথৌতসু নোংগাগ্রবদা যজ্ঞ দান তপস্যাসু তৌখিদ্রিবা, শিগ্রিবা নচা ঈবুঙোদুগী মিকানহুনা অসুক্ য়াম্না অনুতাপ-বিলাপ তৌবদি চুম্দে।" যুধিষ্ঠির! মতৌ অসুম্না নারদনা সৃঞ্জয় নিংথৌবু থেম্জিনবিখি ॥১৪॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যুবধগী মনুংদা "ষোড়শরাজিক"গী য়াথৈগুবা অধ্যায় লোইরে ॥*॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## একপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ

### য়াখৈমাথোইগুবা অধ্যায়

ষোড়শরাজিক ( নিংথৌ তরাতরুক্কী ৱারী )

---

নারদ উবাচ।

রামং দাশরথিঞ্চৈব মৃতং সৃঞ্জয়! শুশ্রুম। যং প্রজা অন্বমোদন্ত পিতা পুত্রমিবৌরসম্ ॥১॥
অসংখ্যেয়া গুণা যস্মিন্নাসন্নমিততেজসি। যশ্চতুর্দ্দশ বর্ষাণি নিদেশাৎ পিতুরচ্যুতঃ।
বনে বনিতয়া সার্দ্ধমবসল্লক্ষ্মণাগ্রজঃ ॥২॥

---

নারদনা হায়ঃ—শ্বিত্যনন্দন নিংথৌ সৃঞ্জয়! অযোধ্যা-নিংথৌ দশরথগী মচা রামসু নোংগাগ্রে হায়না তার। মপা নিংথৌনা লৈপাক্কী মপু ওইবদা মতৌক্ চারবনি হায়না খন্-বহুগুমা প্রজাখুদিংমকসু রামবু লৈপাক্কী মতৌক্ চাবা নিংথৌনি হায়না খন্থি ॥১॥ অদুবা অমদি ধর্ম্মতদা পূরীং চঙবা রাম অদো, মশীং লাকওমদ্রবা গুণনা লৈতেংখি। অদুবু মপাগী য়াশক্ পুক্হনগে হায়বগীদমক্ লোয়নবী অমদি মনাওনিপাগা লোয়ননা চহী তরামন্নি বনদা চংখি

জঘান চ জনস্থানে রাক্ষসান্ মনুজর্ষভঃ । তপস্বিনাং রক্ষণার্থং সহস্রাণি চতুর্দ্দশ ।৩।
তত্রৈব বসতস্তস্য রাবণো নাম রাক্ষসঃ । জহার ভার্য্যাং বৈদেহীং সংমোহ্যৈনং সহানুজম্ ।৪।
তমাগস্কারিণং রামঃ পৌলস্ত্যমজিতং পরৈঃ । জঘান সমরে ক্রুদ্ধঃ পুরেব ত্র্যম্বকোঽন্ধকম্ ।৫।
সুরাসুরৈরবধ্যং তং দেবব্রাহ্মণকণ্টকম্ । জঘান স মহাবাহুঃ পৌলস্ত্যং সগণং রণে ।৬।
স প্রজানুগ্রহং কৃত্বা ত্রিদশৈরভিপূজিতঃ । ব্যাপ্য কৃৎস্নং জগৎ কীর্ত্ত্যা সুরর্ষিগণসৎকৃতঃ ।৭।
সংপ্রাপ্য বিধিবদ্রাজ্যং সর্ব্বভূতানুকম্পকঃ । আজহার মহাযজ্ঞং প্রজা ধর্ম্মেণ পালয়ন্ ।৮।

( যুগ্মকম্ )

নিরর্গলং রাজসূয়মশ্বমেধশতং ভুবি । আজহার সুরেশস্য হবিষা মুদমাবহন্ ।৯।
অন্যৈশ্চ বিবিধৈর্যজ্ঞৈরীজে বহুগুণৈর্নৃপ ।। ক্ষুৎপিপাসেঽজয়দ্রামঃ সর্ব্বরোগাংশ্চ দেহিনাম্ ।১০।
সততং গুণসম্পন্নো দীপ্যমানঃ স্বতেজসা । অতি সর্ব্বাণি ভূতানি রামো দাশরথির্বভৌ ।১১।
ঋষীণাং দেবতানাঞ্চ মনুষ্যাণাঞ্চ সর্ব্বশঃ । পৃথিব্যাং সহবাসোঽভূদ্রামে রাজ্যং প্রশাসতি ।১২।
নাহীয়ত তদা প্রাণঃ প্রাণিনাং ন তদা বাধা । প্রাণাপানৌ সমাবাস্তাং রামে রাজ্যং প্রশাসতি ।১৩।

---

॥২॥ নিপা অথোইবা অহুনা শূরুবা বনদা চৎখিহনা মুনিঋষিশিংগী যাগযজ্ঞ, ধর্ম্মকর্ম্ম অনুষ্ঠান পুম্নবু ওাকপিগে হায়বগীদমক্ কল্লবা হিংচাবা লিশিং তবামরিবু নোংমতদা হাৎখি ॥৩॥ রামচন্দ্রনা বনদা লৈরিঙৈদা নোংমা হিংচাবা নিংথৌ রাবণনা মহাক্পু অহুগা মনাও লক্ষ্মণবু শুম্হৎওনা নাকল্ অমদা পুথোক্খিহনা মাগী লোয়নবী সীতাবু হুহনা পুখি ॥৪॥, মমাঙৈদা মহাদেবনা অন্ধকাসুরবু হাৎখিবহুগুম্না শ্রীরামচন্দ্রনা পুলস্ত্যবংশগী হিংচাবা নিংথৌবু মাগী মচা মশূ শাগৈ নাতৈগা লোয়নননা লান্দা তুম্না হাৎখি ॥৫॥ দেববানব অমতনা হাৎপা য়াদ্রবা, দেবতা অমদি ব্রাহ্মণশিংগী য়েক্লবতিংখং ওইরবা ফত্রবা রাবণবু মাগী খোঙলোয়শিংগা লোয়নননা কল্লবা মহাপুরুষ অহুনা লান্দা লান্বিখি ॥৬॥ দেবতাশিংমক্না পূজা তৌগ্রবা, দেবর্ষি খিবিক্না ঈকায় খুম্নরবা রামনা মহাক্কী থৌজাল্না প্রজাবু মচাদ মচাগুম্ লুনা তোখিবনা লেঙদবা মিংচৎ কংহনা মতম্ কুইনা সুখশান্তিগা লোয়নননা প্রজাশিংবু ঙাক্তুনা বেদবিধি কায়দনা চাউরবা যজ্ঞ তৌখি ॥৭—৮॥ যজ্ঞগী মচাক্ হবিষতনা স্বর্গগী লাইয়াম্বু পেল্হন্দুনা, মর্ত্ত্যলোক অসিদা রৈখায় থিন্গাইবা লৈতনা অশ্বমেধ-রাজসূয় যজ্ঞ কয়া পাঙথোকখি ॥৯॥ নিংথৌ সৃঞ্জয় ! অসিনত্তবা যজ্ঞ মখল্ মখল্ কয়া লিংখত্তুনা মাহুগী মহৈনা প্রজাশিংগী অরাম থৌরাংবা, অবমৃত্যু-অপমৃত্যু-নচিংবা অহুগা রোগ মখল কয়া কয়াবু কোকহন্বিখি ॥১০॥ গুণপূম্বনা তিল্লবা দশরথনন্দন শ্রীরামনা রাজশক্তিগী তেজতনা মাগী রাজ্যবু রামরাজ্য হায়না জগত্ত কাওহনখিহনা সংসারগী জীবপুম্নমক্কী থাক্তগী রাংম লাম্না ঙাম্থোইখি ॥১১॥ রাম মহাক্না পাল্লিঙৈ মতম্দা ঋষি, দেবতা পুম্নমক্ ত্মাইবং মীগী মর্ত্ত্যলোক অসিদা লুংঙাইনা অমত্ত ওইনা লৈমিন্নখি ॥১২॥ রামগী হাক্তক্তা

পর্ব্যদীপ্যন্ত তেজাংসি তদাঽনর্থাশ্চ নাভবন্ । দীর্ঘায়ুষঃ প্রজাঃ সর্ব্বা যুবা ন ম্রিয়তে তদা ॥১৪॥
বেদৈশ্চতুর্ভিঃ সংপ্রীতাঃ প্রাপ্নুবন্তি দিবৌকসঃ । হব্যং কব্যঞ্চ বিবিধং নিষ্পূর্ত্তং হুতমেব চ ॥১৫॥
অদংশমশকা দেশা নষ্টব্যালসরীসৃপাঃ । নাপ্সু প্রাণভৃতাং মৃত্যুর্নাকালে জ্বলনোঽদহৎ ॥১৬॥
অধর্মরুচয়ো মূর্খা লুব্ধা বা নাভবংস্তদা । শিষ্টেষ্টযজ্ঞকর্ম্মাণঃ সর্ব্ববর্ণাস্তদাঽভবন্ ॥১৭॥
স্বধাং পূজাঞ্চ রক্ষোভির্জনস্থানে প্রণাশিতাম্ । প্রাদান্নিহত্য রক্ষাংসি পিতৃদেবেভ্যো ঈশ্বরঃ ॥১৮॥
সহস্রপুত্রাঃ পুরুষা দশবর্ষশতায়ুষঃ । ন চ জ্যেষ্ঠাঃ কনিষ্ঠেভ্যস্তদা শ্রাদ্ধান্যকারয়ন্ ॥১৯॥
শ্যামো যুবা লোহিতাক্ষো মত্তমাতঙ্গবিক্রমঃ । আজানুবাহুঃ সুভুজঃ সিংহস্কন্ধো মহাবলঃ ॥২০॥

প্রজা কনাগীসু মতম্‌চাদনা শিবা অপমৃত্যু-অবমৃত্যুনাচিংবা লৈখিদে। অহল ওইবা, চোকথবা লৈখিদে, লায়না অমত লৈখিদে। করিগুম্বা জীব অমতগী অরাবা-মুংঙাইতবা লেখিদে। জীব পুম্বগী হকচাং মুংদা প্রাণ অপানবায়ু অনীমক গতি কায়দনা লৈখি॥১৩॥ যজ্ঞহোমনচিংবা মতম্ চানা-চানা প্রজাশিংগী য়ুমথোং খুদিংদা তৌনখি। মীপুম্বা তাইবং মীগী মপুংকাবা পুন্‌শি কংহুনা মুংঙাইনা পান্‌খি। মুরান্‌চীন্থিবগী মমিং কাওবা তাখিদে। কনা অমতনা অঙাং ওইরিবৈদা, পাখং ওইরিবৈদা শিদে॥১৪॥ স্বর্গগী দেবতাশিংনা অমনা পিতৃলোকশিংনা পেন-খিহুনা, হোম তৌহুনা কংলকপা পোচৈ মখৈ অদুগা শ্রাদ্ধনচিংবা তৌহুনা কংলকপা পোৎ মখৈ হরাউ হরাউ চাখি। রামরাজ্যগী মকম্ মকম্‌দা পৃথ্বী লাংথোং গুহানচিংবদা লুরবা ঈশিং চোম্ম পানা লৈরম্মি। অগ্নিহোত্রনচিংবা পাঙথোক্লুনা যজ্ঞ মন্দির কয়া কয়া লৈরম্মি। মতম্ চানা চানা প্রজাশিংনা মাগী মাগী ইষ্টকর্ম্ম অদু মনীঙ থুংনা পাঙথোক্‌খি॥১৫॥ রামরাজ্যদা করিগুম্ব মকম্‌দা নমথিহ্‌ঙাই, কাঙ, হয়িং, তীলকাও, লিন্নচিংবা মহুপুবা জীব অমত লৈরম্‌দে। মথরাই মুংঙাইখিদবদগী, নীঙবা থুংদবদগী কনা অমতনসু, ঈশিং মৈনুংদা আত্মাঘাত তৌবা লৈখিদে মমুং মতম্ চাদনা কনাম্ম মপুনশি লোয়দনা শিবা লৈখিদে॥১৬॥ পাপকী রাখল খন্‌বা, পাপকী কর্ম্মপান্বা, অপঙবা অমত প্রজাশিংগী মরক্তা য়াওখিদে। ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্যনচিংবা প্রজাপুম্বা মাগী মাগী জাতিগী বেদনা তাকৃপা বিধি মতুংইন্না পূজাদা-যজ্ঞনচিংবা শুভকর্ম্ম পুম্বা পাঙথোক্লখি ॥১৭॥ মমাঙৈদা হিংচাবা ভূতপ্রেত পিশাচনচিংবা শ্রাদ্ধযজ্ঞনচিংবা ধর্ম্মকর্ম্ম পুম্বা থুগাই-রম্মদু, রামরাজ্যদদি মাদু পুম্বা লৈখিদহুনা, অমুক্ ঈনোনোনা বিধি কায়দনা, কর্ম্মকাণ্ড পুম্বা চৎখি॥১৮॥ রামচন্দ্রগী মতম্‌দা প্রজাখুদিংমক ধনজন সম্পত্তি-পুম্বা রাত্তপাদনা লোইরম্মি। মীপুম্বগী পুন্‌শি চহী লিশিং অমমম্ মপুং কানা লৈখি। অহল লমন্ অমতনা নৌনা শিখিবা মচামশু মচীনমনাওগী শ্রাদ্ধ অমত শোন্‌বা কংখিদে॥১৯॥

থম্মো অশংবশুম্ শংবান্‌বা, মিন্নানা থম্বাল লৈনাশুম্বা
মুমিৎচুম্না পাখংত ওইহুনা লৈবা, ময়াম্ম কাব শামুগুম্ খোঙথাংবা,
মতীক মঙ্গল মথৌনা লৈবা, পাম্বোম্মা খুকুউ মখাকাও চোন্‌বা,

দশবর্ষসহস্রাণি দশবর্ষশতানি চ। সর্ব্বভূতমনঃকান্তো রামো রাজ্যমকারয়ৎ ॥২১॥

( যুগ্মকম্ )

রামো রামো রাম ইতি প্রজানামভবৎ কথা। রামাদ্রামং জগদভূদ্রামে রাজ্যং প্রশাসতি ॥২২॥

চতুর্ব্বিধাঃ প্রজা রামঃ স্বর্গং নীত্বা দিবং গতঃ। আত্মনঃ সংপ্রতিষ্ঠাপ্য রাজবংশমিহাষ্টধা ॥২৩॥

স চেন্মমার সৃঞ্জয়। চতুর্ভদ্রতরস্ত্বয়া। পুত্রাৎ পুণ্যতরস্তভ্যং মা পুত্রমনুতপ্যথাঃ

অযজ্বানমদাক্ষিণ্যমভি শৈত্যেত্যুদাহরৎ ॥২৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণ্যভি-

মন্যুবধে ষোড়শরাজিকে একপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥৫১॥*

---

থবাক্কনব। নোংশাগুম্ খ্বাংজেংবা, য়ে বদা অরাৎপা লৈতবা,

মীপুম্বগীকনবতা খমগন্বা, অপাম্বমিহৌবা লৈতবা

মীখ্বাইগী মীংথক্কম্ ওইখিবা, রামচন্দ্র কৌব নিংথোনা,

চহী লিশিং তরা মাথোই, লৈবাক্ মরা তপ্প পানখি ॥২০—২১॥

রামনা পাল্লৈঙে মতম্দা প্রজাশিংগী য়ুমথোং খুদিংদা, রাম-রাম শোনবতনা প্রজাশিংগী লাইশোল্ ওইরম্মি। রাম অমতগী গুণনা জগৎপূম্বা রামগী রামমক ওইখি; হায়বদি—জগৎ পূম্ব মহাআনন্দগী মশক ওইখি * ॥২২॥ মতম্গী মতুংইন্না রামনা মাগী বংশবু নিপাস্তোল্লা খাই-দোকখি, হায়বদি—মখোয় মচীম্নাও মরিগী অমমম্গী মচা নিপা অনীনী পোক্খি। মতৌ অম্মা রামনা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য শূদ্র প্রজা মখল্ মরিবু নুংঙাইনা তাক্লগা, মখোয়বু লাই-রৈবাক্তা মাগী-মাগী মতীক্চাবা লোকত থাবিরগা মশামক্ নোংগাখি ॥২৩॥ "শিত্যনন্দন নিংথৌ সৃঞ্জয়! মহারাজ নশামক্তগীসু হেন্না দান ধর্ম্ম,যাগযজ্ঞ তৌগ্রবা, ব্রত তপস্যা কনগ্রবা অদুগা মহারাজগী নচা ঈবুঙো লৈখিদ্রিবদুদগী হেন্না পুণ্য চেন্গ্রবা রামচন্দ্র কাওবনা মদুং মতম্ লোইদুনা চৎগ্রবদা, মহারাজনা নচাঈবুঙোদুগীদমক্ অনুতাপ তৌদুনা কারি কারগনি?" যুধিষ্ঠির! মতৌ অম্মা নারদনা সৃঞ্জয়গী মকম্দা পাউতাক্ অসি পীখি ॥২৪॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যুবধগী মদুং "ষোড়শরাজিক"গী য়াথৌমাথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

---

* "রাম" হায়বা শব্দগী অর্থদি "নুংঙাইনবম্" হায়বনি।

# শ্রীমহাভারতম্

## দ্বিপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ

### য়াখৈনিথোইশুবা অধ্যায়

ষোড়শরাজিক( নিংথৌ তরাতরুক্কী য়াগী )

—:( * ):—

নারদ উবাচ।

ভগীরথঞ্চ রাজানং মৃতং সৃঞ্জয় ! শুশ্রুম। যেন ভাগীরথী গঙ্গা চয়নৈঃ কাঞ্চনৈশ্চিতা ॥১॥
যঃ সহস্রং সহস্রাণাং কন্যা হেমবিভুষিতাঃ। রাজ্ঞশ্চ রাজপুত্রাংশ্চ ব্রাহ্মণেভ্যো হ্যমন্যত ॥২॥
সর্বা রথগতাঃ কন্যা রথাঃ সর্ব্বে চতুর্যুজঃ। রথে রথে শতং নাগাঃ সর্ব্বে বৈ হেমমালিনঃ ॥৩॥
সহস্রমশ্বাশ্চৈকৈকং গজানাং পৃষ্ঠতোঽন্বযু। অশ্বে অশ্বে শতং গাবো গবাং পশ্চাদজাবিকম্ ॥৪॥
তেনাক্রান্তা জলৌঘেন দক্ষিণা ভুয়সীর্দদৎ। উপহ্বরেঽতিব্যথিতা তস্যাঙ্কে নিষসাদ হ ॥৫॥
তথা ভাগীরথী গঙ্গা উর্ব্বশী চাভবৎ পুরা। দুহিতৃত্বং গতা রাজ্ঞঃ পুত্রত্বমগতদা ॥৬॥
তাং তু গাথাং জগুঃ প্রীতা গন্ধর্ব্বাঃ সূর্য্যবর্চ্চসঃ। পিতৃদেবমনুষ্যাণাং শৃণ্বতাং বল্গুবাদিনঃ ॥৭॥

---

নারদনা হায়ঃ— মহারাজ, সৃঞ্জয়! ভগীরথ হায়বা নিংথৌ অদুসু লোঙ্গাগ্রে হায়না ঐখোয়না তায়। মহাক্না সনাগী যজ্ঞগী য়ুম্বী মক্তনা ভাগীরথী গঙ্গা চাংজোনীমক শীংহুংন' য়ুংলম্মী হায়ন। তায় ॥১॥ মহাক্না পৃথিবীগী ক্ষত্রিয় নিংথৌপুম্বা ওমদুনা, যজ্ঞ লিংখত্তুনা ব্রাহ্মণশিংদা, সনানা লৈতেংবী কন্যা লাখা তরাবু দাক্ষিণাগীমশক্ ওইনা দান তৌখি ॥২॥ কন্যাশিং অদু অমমম্না রথ অমমমদা তোংখি। রথ অমমমদু শগোল মরি মরিনা চিংখি। রথ অমমমদুগী মতুংদা সনা লুপানা লৈতেংবা শামু চাম চামনা তুংইন্নরম্মী ॥৩॥ শামু অমমমদুগী মতুং মতুংদা শগোল অমমম, শগোল অমমমগী তুংদা শগ্বী চামচাম', শগ্বী অমমমগী মতুংদা য়াও হামেংশিং মশীং নাইদনা ইরখি হায়না তায়। ॥৪॥ হায়রিবা ভগীরথ হায়বা নিংথৌ অসিনা গঙ্গাগী মপান্দা তৌরকপাদান, মুং'শগ্লকপাঃ যজ্ঞগী য়ুম্বী পরেং পরেং অদুগা থাদরকপা সনালুপা মনীমুক্তা মপৈ মপৈনা ঈচেল্ লেপখিহন', য়াম্ন রানা তৌকম খত্তদনা, ভগীরথ নিংথৌগী তম্পাক্ত চেনশিন্দুনা আশ্রয় লৌখি হায়না। তায় ॥৫॥ মাহুমক্তনা গঙ্গানদীনা ভগীরথগী মচানুপী ওইখিহনা ভাগীরথী হায়বা মিংথোল অসি পুখি। মমাঙ্গৈদা তীর্থ অদু উর্ব্বশী তীর্থ হায়না কাওখি। ভগীরথ নিংথৌবু পুৎ কৌবা নরকত্তগী কনখিবনা গঙ্গা অসি ভগীরথ মচানিপাসু ওইখি হায় ॥৬॥ তুমিংবী মতৌগুম মশেক্ কন্নবা, মশা পুন্নং লংলবা, গন্ধর্ব্বশিংনা মুংঙাইমনখিহনা পিতৃলোক, দেবতাশিং অমদি তাইবং

ভগীরথং যজমানমৈক্ষ্বাকং ভূরিদক্ষিণম্ । গঙ্গা সমুদ্রগা দেবী বব্রে পিতরমীশ্বরম্ ॥৮॥
তস্য সেন্দ্রৈঃ সুরগণৈর্দেবৈর্যজ্ঞঃ স্বলঙ্কৃতঃ । সম্যক্ পরিগৃহীতশ্চ শান্তবিঘ্নো নিরাময়ঃ ॥৯॥
যো যদিচ্ছেত বিপ্রো বৈ যত্র যত্রাত্মনঃ প্রিয়ম্ । ভগীরথস্তথা প্রীতস্তত্র তত্রাদদদ্বশী ॥১০॥
নাদেয়ং ব্রাহ্মণস্যাসীদ্যস্য যৎ স্যাৎ প্রিয়ং ধনম্ । সোঽপি বিপ্রপ্রসাদেন ব্রহ্মলোকং গতো নৃপঃ ॥১১॥
যেন যাতৌ মখমুখৌ দিশাশাবিহ । পাদপাঃ । তেনাবস্বাভুমিচ্ছন্তি তং গত্বা রাজমীশ্বরম্ ॥১২॥
স চেন্মমার সৃঞ্জয় । চতুর্ভদ্রতরস্ত্বয়া । পুত্রাৎ পুণ্যতরস্তুভ্যং মা পুত্রমনুতপ্যথাঃ ।
অযজ্বানমদাক্ষিণ্যমভি শ্বৈত্যেত্যুদাহরৎ ॥১৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্বণ্যভি-
মন্যুবধে ষোড়শরাজিকে দ্বিপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

মীশিংগী মাঙমক্তদা ভগীরথগী মতীকমঙ্গুণ শকখি ॥৭॥ ঈপাকৃতাম্ন চেন্থবী. গঙ্গাদেবীমক্না, দানদক্ষিণা মতীকচানা তৌওম্বা, ধর্ম্মগী অনুষ্ঠানদা পুক্লিং চঙগনবা, ইক্ষ্বাকুবংশগী নিংথৌ ভগীরথবু মপামক্নি হায়না লৌখি ॥৮॥ ইন্দ্র-হকুণ অনীগা লোয়ননা স্বর্গগী লাইশিংনা মূর্ত্তি নাইন নাইনা ভগীরথগী যজ্ঞদা লাক্নুনা মথোয়গীদমক্ত তম্বা যজ্ঞগী পোৎশিং শরুকশিং অহুনু খুথেংননা লৌখি ॥৯॥ মহাকী যজ্ঞদা হেক্ লাকপা, নিমন্ত্রণকংব-কংদবা ব্রহ্মণশিং অহুনা মানা মানা পাম্বা অচাওক ফিরোম্নচিংবহু ভগীরথ ভক্তিশ্রদ্ধাগা লোয়ননা ব্রহ্মণশিং অহুদা দান তৌখি ॥১০॥ "ব্রাহ্মণনা হেক পাম্বা, পাম্বতবু পাম্নবদি, ভগীরথনা পীবা য়াদবা-ঙমদবা পোৎ অমত্ত লৈরমদে । অহুমক্তনা, ব্রাহ্মণশিংগী থৌজান্দগী ভগীরথনা ব্রহ্মলোক কংখি" ॥১১॥ য়েক্নবশিংবু নীঙবকায়হনবঙম্বা ! অকন্‌বা নিংথৌ ! সৃঞ্জয় ! ভগীরথনা যজ্ঞ অথোইবা জ্ঞানযজ্ঞ অমদি ধ্যানযজ্ঞ কয়া তৌখিবনা, মরীচিপায়ী মহর্ষিশিংনা হায়বদি, সুমিৎকী মঙান্ত চাব-থকপা ঋষি শিংনা ব্রহ্মলোক অহৃকাওবদা, ইন্দ্রিয়থুরমচল্লবা রাজর্ষি ভগীরথ নাক্ত চঙশিল্লক্নুনা মহাকা লৈমিন্নখি ॥১২॥ "অহুনা——শ্বিত্যনন্দন নিংথৌ সৃঞ্জয় ! মহারাজদগী হেন্না যাগযজ্ঞ ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌপ্রবা, তপস্যাব্রত কল্লবা, অহুগা মহারাজগী নচাঈবুঙো লৈখিপ্রবহুদগীসু হেন্না পুণ্যচেল্লবা ভগীরথ কৌবা নিংথৌ অহু কাওবনা নোংগাপ্রবদা, দানযজ্ঞন-চিংবা করিমত তৌখিপ্রিয়া নচাঈবুঙোহ্‌গীদমক্ মিকানক্নহুনা অসুক য়াম্না অনুতাপ তৌবা কপ্প লাউবা চুমদে ।"—— যুধিষ্ঠির ! মতৌঅসুম্না নারদনা সৃঞ্জয়গী মকমূদা পাউতাক্ খুদম্‌শিং অসি পীবিখি ॥১৩॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যুবধগী মনুংদা "ষোড়শরাজিক" গী য়াথৈনিথোইঙবা অধ্যায় লোইরে ॥ ×॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ত্রিপঞ্চাশত্তমোহধ্যায়ঃ।

### য়াঙ্খৈহুদোইশুবা অধ্যায়ঃ।

ষোড়শরাজিক্ ( নিংথৌ তরাতরুক্কী রাম্নী )

—ঃ(০)ঃ—

### নারদ উবাচ।

দিলীপঞ্চাপি রাজেন্দ্র ! মৃতং সৃঞ্জয়। শুশ্রুম। যস্য যজ্ঞশতেষ্বাসন্ প্রযুতাযুতশো দ্বিজাঃ।
তত্ত্বজ্ঞানার্থসম্পন্না যজ্বানঃ পুত্রপৌত্রিণঃ ॥১॥
য ইমাং বসুসম্পূর্ণাং বসুধাং বসুধাধিপঃ। ঈজানো বিততে যজ্ঞে ব্রাহ্মণেভ্যো হ্যমন্যত ।২॥
দিলীপস্য তু যজ্ঞেষু কৃতঃ পন্থা হিরণ্ময়ঃ। তং ধর্ম্ম ইব কুর্ব্বাণাঃ সেন্দ্রা দেবাঃ সমাগমন্ ॥৩॥
উলূখলং চষালঞ্চ যূপঞ্চাপি হিরণ্ময়ম্। নাগষাড়বভোজ্ঞাশ্চ মত্তাঃ পথিষু শেরতে ॥৪॥
তদেশদস্তুতং মন্যে অন্যৈর্ন সদৃশং নৃপৈঃ। যদপ্সু যুধ্যমানস্য চক্রে ন পরিপেততুঃ ॥৫॥

---

নারদনা হায়ঃ—নিংথৌ অথোইবা সৃঞ্জয় ! দিলীপ কৌবা নিংথৌ অমত্সু নোংগাথ্রে হায়না তায় মথাক্কা তৌখিব যজ্ঞ চাম চামদা, তত্ত্বজ্ঞানী ওইরবা ব্রহ্মবাদী ওইরবা, তৌবিমল্ খঙবা জ্ঞানবিজ্ঞানদ চঙখোল্লবা, মচামশূ য়াম্না লৈরবা, ব্রাহ্মণ অযুত অযুতনা অতৎ অথম্ লৈতনা থুংঙখি ॥১॥ যজ্ঞদা পূরুাং চঙলবা নিংথৌসিনা যজ্ঞগী দান তৌরকপা মতম্দা লন্থুম কৌ চেংনা থল্লবী পৃথ্বী মপুম্ অসিমক্ ব্রাহ্মণশিংগী মকম্দা দান তৌথোক্খিগদবনি হায়না মপুরুংদা লেপ্খি ॥২॥ দিলীপ নিংথৌগী যজ্ঞদা, যজ্ঞমাণ্ডপকী অকোয়বদা শোল্লবা লম্বীশিং অমত্সু সনানাঙাক্ত শেম্মি-শাই। ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংনা দিলীপকা নোকমিন্ খোৎমিন্নদুনা রাম্নী রাতায় শাগদবগী হেক্ হেক্ লাকই হায়না তায ॥৩॥ দিলীপ নিংথৌনা তৌখিবা যজ্ঞশিং অমত্দা যজ্ঞগী শুম্বল, যজ্ঞগী শা পুম্নবা য়ূপ্নীগী মতোল্দা হাপলিবা-শিন্নিবা থুঙ্গী, অমত্গা যজ্ঞ য়ূপ্নীশিং মশামক্তু সনাগী সনামক্তনি। যত্র য়াওগে য়েংগে লাক্লিবা মীশিং অমত্সু রাগষাড়ব কৌবা থুম্নবা হাউরবা, মপ্নায় কায়বা মহীত্সু থক্তুনা মত্ত ওইদুনা লম্বী মরা মরাদা নীওঙাইবা লৈতনা তুংঙাইনা তুমদুনা হীপ্তুনা লৈনরম্মি ॥৪॥ নিংথৌ দিলীপনা ঈশিংগী লাল্ শোক্নবা মতম্দা মহাক্কী ঈশিং মথক্ত থৌথরিবা রথগী চাকা অনীত্সু ঈশিংদা লুপক্তে। অতৈ খ্বাইনা তৌবা তম্দবা থবক্ অসি তৌবদা থোইদোক্না থাগৎনীঙাই ঙক্ননীঙাই ওইবা থোদোক্ অম

রাজানং দৃঢ়ধন্বানং দিলীপং সত্যবাদিনম্ । যে পশ্যন্তি মহাত্মানস্তেঽপি স্বর্গজিতো জনাঃ ॥৬॥
ত্রয়ঃ শব্দা ন জীর্যন্তে খট্বাঙ্গস্য নিবেশনে । স্বাধ্যায়ঘোষো জ্যাঘোষঃ পিবতাশ্নীত খাদত ॥৭॥
স চেন্মমার সৃঞ্জয় । চতুর্ভদ্রতরস্বয়া । পুত্রাৎ পুণ্যতরস্তুভ্যং মা পুত্রমনুতপ্যথাঃ ।
অযজ্বানমদাক্ষিণ্যমভি শৈত্যেত্যুদাহরৎ ॥৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণ্যভিমন্যুবধে
ষোড়শরাজিকে ত্রিপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

ওইখি ॥৫॥ মথুন্তা লীরুং চেৎনা পায়বা, অচুম্বা ওাওবা মথৌ লৈবা, লাইগুরুবু ব্যবহার তৌবা দিলীপকী দর্শণ কংজবা মীচু কাওবা স্বর্গ কাখি হায় ॥৬॥ বেদপাঠগী খোঞ্জেল্গা, লীরী খীওবা মোইবুং খোংবগী খোঞ্জেল্গা, হাবিয়্-লৌবিয়্ কানবিয়্ হায়বগী খোঞ্জেল্গা—অহুম্ অসি দিলীপ নিংথৌগী কোন্নুং মনুংদা অহিং মুংথিন্দা তত্তনা তাবা ফংখি ॥৭॥ "শ্বিত্যনন্দন মহারাজ সৃঞ্জয়! মহারাজদগী হেন্না বেদপাঠ, ধ্যানতপস্যা, দানযজ্ঞ দক্ষিণা তৌগ্রবা নিংথৌ অহুনা, অহুগা মহারাজগী লৈখিত্রিবা নচাঙ্গীবুঙো অহুদগীদু হেন্না পুণ্য চেন্নবা দিলীপতসু শিগ্রবদা, যজ্ঞদান দক্ষিণা তৌখিত্রিবা নচাঙ্গীবুঙো অহুগী মিকানরুহনা অরেম্বদা কপ্লাউবা খক্ তৌবিগনু—মাহু চুমদে।" যুধিষ্ঠির। নারদনা মতৌ অসুম্না সৃঞ্জয়দা পাউতাক্—থুদম্ পীহুনা থেম্জিন্খি ॥৮॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা, অভিমন্যুবধগী মনুংদা "ষোড়শরাজিক"গী মাথৈহুম্দোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

# শ্রীমহাভারতম্

## চতুঃপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ

য়াখৈমরিশুবা অধ্যায়।

( ষোড়শরাজিক নিংথৌ তরাতরুকী য়ারী )

——:(০):——

নারদ উবাচ

মান্ধাতারং যৌবনাশ্বং মৃতং সৃঞ্জয়। শুশ্রুম। যং দেবাবশ্বিনৌ গর্ভাৎ পিতুঃ পূর্ব্বং চকর্ষতুঃ ॥১॥
মৃগয়াং বিচরন্ রাজা তৃষিতঃ ক্লান্তবাহনঃ। ধূমং দৃষ্ট্বাগমৎ সত্রং পৃষদাজ্যমবাপ সঃ ॥২॥
তং দৃষ্ট্বা যুবনাশ্বস্য জঠরে সুতুতাং গতম্। গর্ভান্নির্জহ্রতুদে বাবশ্বিনৌ ভিষজাং বরৌ ॥৩॥
তং দৃষ্ট্বা পিতুরুৎসঙ্গে শয়ানং দেববর্চ্চসম্। অন্যোন্যমব্রুবন্ দেবাঃ কময়ং ধাস্যতীতি বৈ ॥৪॥
মামেবায়ং ধয়ত্বগ্র ইতিহ স্মাহ বাসবঃ। ততোঽঙ্গুলীভ্যো হীন্দ্রস্য প্রাদুরাসীৎ পয়োঽমৃতম ॥৫॥
মাং ধাস্যতীতি কারুণ্যাদ্‌যদিন্দ্রো হ্যনুকম্পিত। তস্মাত্তু মান্ধাতেত্যেবং নাম তস্যাদ্ভুতং কৃতম্ ॥৬॥
ততস্তু ধারাঃ পয়সো ঘৃতস্য চ মহাত্মনঃ। তস্যাস্যে যৌবনাশ্বস্য পাণিরিন্দ্রস্য চাস্রবৎ ॥৭॥

---

নারদনা হায় ঃ—নিংথৌ সৃঞ্জয়! যুবনাশ্বগী মচা মান্ধাধা হায়বা নিংথৌ অদুসু নোংগাক্রে হায়না তায়। নিংথৌ অসি পোকৃপদ., মহাকৃপু অশ্বিনীকুমার দেবতা অনীনা মপাগী গর্ভদগী চিংথোকৃখিবনি ॥১॥ নোংমা, যুবনাশ্ব হায়বা নিংথৌ অদুনা বনদা মৃগয়া অসুম্‌চৎপদা অরাম্ খৌরাংবনা মশাদু চোকৃথক্রে, মহাকী শগোল (বাহন) অদুসু য়াম্না চোকৃথরে। মহাকনা মৈখু কারকৃপউবদগী মৈখু অদুগী মতু ইম্না অসুম্ চৎখিদুনা যজ্ঞ শঙ অমদা থুংঙুরে। যজ্ঞ মণ্ডপ অদুগী মনুংগী যজ্ঞগীদমক থম্লিবা ঘী শঙ্গোম্ অকম্বনচিংবদু, লাম্মন্থ্রদুনা থক্লোকৃউরে ॥২॥ শঙ্গোম্ অকম্বগা লোয়নরবা শঙ্গোম অদুনা যুবনাশ্বগী মবুক্ মনুংদা অঙাং (মচা) অম ওইনা লৈরে হায়বসি খঙলদুনা অশ্বিনীকুমার হায়বা দেবতা অনীনা অঙাং অদুবু যুবনাশ্বগী গর্ভ মনুংদগী চিংথোক্তুনা লৌথোকৃখি ॥৩॥ লাইগী মচাগুম্বা মঙাল্ চাউরবা অঙাং অদুনা মপা যুবনাশ্বগী তম্পাক্ত তুমিন্না তাদুনা লৈবদু উবদা লাইয়াম্ খিবিক্লা "অঙাং অসি কনাগী খোম্ থক্তুনা হিংগনি?" অসুম্ হায়না অমগমগ ঙাঙনখি ॥৪॥ মতম্ অদুদা খুদোন্‌বী উত্তুনা ইন্দ্রনা "মাসি থক্তুনা হিংসনু" হায়না লাউরকই। অদুগী তুংদা ইন্দ্রনা মহাকী খুদোন্দগী অমৃতগা মাম্নবা শঙ্গোম পুথোকখি ॥৫॥ ইন্দ্রনা অঙাং অদুবু নুংশিবিবদগী "ঐবু থক্সনু" হায়না হায়দোকখিবগী অঙাং অদুগী অঙকৃপা মমিং-মান্ধাতা (মাং=ঐবু, ধাতা=লোগদবা) অসুম্ হায়না লাইরাম্না খোনখি

অপিবৎ পাণিমিন্দ্রস্তু স চাপ্যহ্নাভ্যবর্দ্ধত। সোঽভবদ্দ্বাদশসমো দ্বাদশাহেন বীর্য্যবান্ ॥৮॥
ইমাঞ্চ পৃথিবীং কৃৎস্নামেকাহ্না স ব্যজীজয়ৎ। ধর্ম্মাত্মা ধৃতিমান্ বীরঃ সত্যসন্ধো জিতেন্দ্রিয়ঃ ॥৯॥
জনমেজয়ং সুধন্বানং গয়ং পুরুং বৃহদ্রথম্। অসিতঞ্চ নৃগঞ্চৈব মান্ধাতা মানবোঽজয়ৎ ॥১০॥
উদেতি চ যতঃ সূর্য্যো যত্র চ প্রতিতিষ্ঠতি। তৎ সর্ব্বং যৌবনাশ্বস্য মান্ধাতুঃ ক্ষেত্রমুচ্যতে ॥১১॥
সোঽশ্বমেধশতৈরিষ্ট্বা রাজসূয়শতেন চ। অদদদ্রোহিতান্ মৎস্যান্ ব্রাহ্মণেভ্যো বিশাংপতে! ॥১২॥
হৈরণ্যান্ যোজনোৎসেধান্ আয়তান্ শতযোজনম্। বহুপ্রকারান্ সুস্বাদূন্ ভক্ষ্যভোজ্যান্নপর্ব্বতান্ ॥১৩॥
( যুগ্মকম্ )

অতিরিক্তং ব্রাহ্মণানাং ভুঞ্জতাং দীয়তে জনৈঃ। ভক্ষ্যান্নপাননিচয়াঃ শুশুভুস্ত্বন্নপর্বতাঃ ॥১৪॥
ঘৃতহ্রদাঃ সূপকূপা দধিফেণা গুড়োদকাঃ। রুরুধুঃ পর্ব্বতান্ নদ্যো মধুক্ষীরবহাঃ শুভাঃ ॥১৫॥
দেবাসুরা নরা যক্ষা গন্ধর্ব্বোরগপক্ষিণঃ। বিপ্রাস্তত্রাগতাশ্চাসন্ বেদবেদাঙ্গপারগাঃ।
ব্রাহ্মণা ঋষয়শ্চাপি নাসংস্তত্রাবিপশ্চিতঃ ॥১৬॥

---

॥৬॥ মতম্ অদুদা ইন্দ্রনা মাগী খুদোন্বীদু অঙাং অদুগী মচীন্দা ইন্বিখি ॥৭॥ খুদোনবী অদু চুপ্পদা অঙাং অদু নোংমদা খংজাউ চাউখি। অদুগীতুংদা মান্ধাতা হায়বা অঙাং অদু নুমিৎ তরানিথোইনিগী মতুংদা চহী তরানিথোইগী অবস্থা কংখি; মপাঙ্গল থোইনা কনখি ॥৮॥ খর লৈরগা মান্ধাতা হায়বসি ধর্ম্মদ পুক্নীং চঙবা, খাওব কন্বা, মপাঙ্গল থোইনা কনবা, রাশকুচেৎপা ইন্দ্রিয় খুদুম্ চনবা মীশক্ অম ওইখিদুনা নোংমতদা পৃথিবীগী নিংথৌ পুম্বু জয় তৌখি ॥৯॥ ইন্দ্রনা পীবা অমৃত থকতুনা চাউথ্রবা মান্ধাতা হায়বা মর্ত্ত্যলোককী নিংথৌ অসিনা জনমেজয়, সুধন্বা, গয়, পুরু, বৃহদ্রথ, অসিত অমদি নৃগরাজ হায়ব কাওরবা নিংথৌশিং অসিবু নোংমতদা জয় তৌখি ॥১০॥

নিংথৌ সৃঞ্জয়! নুমিৎনা হেক্ থোরকপা লৈপাক্ অদুদগী হেক্ তাকৃখিব লমদম্ অদু কাওবা যুবানাশ্বগী মচা মান্ধাতাগী লৈপাক (রাজ্য) নি হায়নৈ ॥১১॥ নিংথৌ! মতুংদা মান্ধাতানা অশ্বমেধ-রাজসূয় যজ্ঞবু মশীং লাকওমদনা তৌখিদুনা য়ুথক্ অম রাংবা, য়ুথক্ তরা শাংবা, রোহিতমৎস্য (ঙা জাৎ অম) গী মওং মান্বা, সনাগী চীঙদুম্ অম ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌখি। হাউরবা থুম্নবা অচাথকতনা চীঙ-চীঙমুক্ চাউনা পৈখৎ পৈখতুনা যজ্ঞদা তিল্লিবা মীয়াম্দা দান তৌখি ॥১২—১৩॥ চাক্ য়েন্থাং অচাথক্ য়েল্লিবশিং অদুনা ব্রাহ্মণশিংদা পওহাপ্ত হাপচিল্লবদুদা ব্রাহ্মণ অমমম্গী মনাক্ত, হাউর হাউরবা অচাথক্ মপৈনা চীঙদুম্ চীঙদুম্মুক্ চাউনা খিল্লম্মি। মাদুমক্ য়েংবদা থোইদোক্না অঙকৃপা-কজবা অম পোকই ॥১৪॥ অচাথকী লৈপুংশিং অদুগী অমমম্গী অকোয়বদা থীগী পুখ্রী, হরাইথোংবগী শুহ্না মচা মচা, থোইহী শঙ্গোমগী তুরেল্ মচা মচা কয়া কয়া লৈরম্মি—চেল্লম্মি। তুরেলশিং অদুদা শঙ্গোম্ মপং (কদি) মপংনা কোঙ্গোলগুম্ তাউরম্মি,

বসুপূর্ণাং সমুদ্রান্তাং পৃথিবীঞ্চাপি সর্ব্বতঃ। স তাং ব্রাহ্মণসাৎ কৃত্বা জগামাস্তং তদা নৃপঃ।
গতঃ পুণ্যকৃতাং লোকান্ ব্যাপ্যাথ যশসা দিশঃ ॥১৭॥

স চেন্মমার সৃঞ্জয়! চতুর্ভদ্রতরস্ত্বয়া। পুত্রাৎ পুণ্যতরস্তভ্যং মা পুত্রমনুতপ্যথাঃ।
অযজ্বানমদাক্ষিণ্যমভি শ্বৈত্যেত্যুদাহরৎ ॥১৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণ্যভি-
মন্যুবধে ষোড়শরাজিকে চতুঃপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

---

চিনি অকেঙবা মরীক মরীকনা লৈঙোই সেকতা ওইনা চেন্থরম্মি ॥১৫॥ তাইবংমী, লাইরাম্, যক্ষরক্ষ গন্ধর্ব্ব চাউর চাউরবা লিল, উচেক্ মখল্ মখল্ অমদি ব্রাহ্মণশিং, ব্রহ্মজ্ঞানী ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা মহাক্কী যজ্ঞদা লাকখি, অপঙবা নাস্তিক ওইবা মীদি কনাসু লাক্তে ॥১৬॥ অদুগী তুংদা নুমিৎকুম্বা মান্ধাতানা, সমুদ্র কাওবা শন্দোকপ্রিবা, সনা লুপানা থল্লবা লম্ পুম্নমক্ অদু ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌথোকলম্লগা পুনশিগী অস্তাচল-গিরিদা তাখি। পৃথিবী পুম্বদা লেঙব্রবা মিংচৎ থনমদুনা পুণ্যালোকত নোংগাখি ॥১৭॥ "শ্বিত্যনন্দন নিংথৌ, সৃঞ্জয়! মহারাজদগী হেন্না বেদপাঠ, যজ্ঞব্রত তপস্যা তৌপ্রবা; মহারাজগী নচাঈবুঙো লৈখিদ্রিবদুদগীসু হেন্ন পুণ্য চেন্লবা মান্ধাধানিংথৌ অদু কাওবা মনুং মতম্ লোইদুনা মর্ত্ত্যলোক থাদোক্কনা চৎপ্রবদা, মহারাজনা নচাঈবুঙোদুগীদমক মিকানরুগনা অনুতাপ তৌবা-বিলাপ তৌবদি চুম্দে।" যুধিষ্ঠির! মতৌ অসুম্না নারদনা সৃঞ্জয়দা পাউতাক্-খুদম্ পীদুনা থেম্জিন্বিখি ॥১৮॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যুবধগী মনুংদা ষোড়শরাজিক"গী য়াঙ্খৈমরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## পঞ্চপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ

### য়াখৈমঙাশুবা অধ্যায়ঃ

শোড়শরাজিক ( নিংথৌ তরাতরুক্কী য়ারী )



নারদ উবাচ।

যযাতিং নাহুষঞ্চৈব মৃতং সৃঞ্জয়! শুশ্রুম। রাজসূয়শতৈরিষ্ট্বা সোঽশ্বমেধশতেন চ।
পুণ্ডরীকসহস্রেণ বাজপেয়শতৈস্তথা ॥১॥
অতিরাত্রসহস্রেণ চাতুর্মাস্যৈশ্চ কামতঃ। অগ্নিষ্টোমৈশ্চ বিবিধৈঃ সত্রৈশ্চ প্রাজ্যদক্ষিণৈঃ ॥২॥
( যুগ্মকম্ )
অব্রাহ্মণানাং যদ্বিত্তং পৃথিব্যামস্তি কিঞ্চন। তৎ সর্বং পরিসংখ্যায় ততো ব্রাহ্মণসাৎ করোৎ ॥৩॥
বৃত্তে দেবাসুরে যুদ্ধে কৃত্বা দেবসহায়তাম্। চতুর্দ্ধা ব্যভজৎ সর্ব্বাং চতুর্ভ্যঃ পৃথিবীমিমাম্ ॥৪॥
যজ্ঞৈর্নানাবিধৈরিষ্ট্বা প্রজামুৎপাদ্য চোত্তমাম্। দেবযান্যাঞ্চৌশনস্যাং শর্ম্মিষ্ঠায়াঞ্চ ধর্ম্মতঃ ॥৫॥

---

নারদনা হায় ঃ—মহারাজ সৃঞ্জয়। নহুষগী মচা যযাতি হায়বত্থু নোংগাথ্রে হায়না তায়। যযাতি হায়বা নিংথৌ অসিনা রাজসূয় যজ্ঞ চাম, অশ্বমেধ যজ্ঞ চাম, পুণ্ডরীক যজ্ঞ লিশিং অম রাজপেয় যজ্ঞ লিশিং অম, অতিরাত্র যজ্ঞ লিশিং অম মশীং লাকতম্দবা অগ্নিষ্টোম যজ্ঞ কয়া কয়াবু দানদক্ষিণা মতীক চানা চানা তৌদুনা পাঙথোকখি। চহী খুদিং চাতুর্মাস্যব্রত তৌদুনা নোংগাখি ॥১—২॥ পৃথিবীদা লৈরিবা ম্লেচ্ছ-যবন জাতি পুম্নমক্কী লন্থ্মশিং অদু মখোয়না লোইগদবা শরুক্ নিয়ম অদু কত্থ্না লোইহল্লগা, মখোয়দগী লৌখৎপা অরেপ্পা খিবিক্ অদু ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌখি ॥৩॥ যযাতি নিংথৌনা স্বর্গগী লাইশিংগী সহায়তামক্ পীদুনা লাই-হিংচাবগী লাম্লাওদা লান্বাংদুনা, পৃথিবী পুম্বু শরুক্ মরি থোক্লা খায়দোক্ত্না, যজ্ঞগী পুরোহিত মরিদা, হায়বদি হোতা, তন্ত্রধার, ব্রহ্মা অমদি সদস্য ওইরিবা ব্রাহ্মণমরিদা দান তৌখি ॥৪॥ লায়মক্তা মায়না তেজ লৈরবা যযাতি নিংথৌনা যজ্ঞ মখল মখল য়েংখায়বা লৈতনা পাঙথোক্ত্না শুক্রাচার্য্যগী মচানুপী দেবযানী, অদুগা বৃষপর্ব্বাগী মচা নুপী শর্ম্মিষ্ঠা অনীগী গর্ভদা মচা পোক্লমদুনা স্বর্গদা অনীগুবা ইন্দ্রগী মতৌগুম্না, মনীং মখা তম্না লাইরৈবাক্কী লৈকোল্দা মুত্তোইনা শান্নখি

দেবারণ্যেষু সর্ব্বেষু বিজহারামরোপমঃ। আত্মনঃ কামকারেণ দ্বিতীয় ইব বাসবঃ ॥৬॥ (যুগ্মকম্)
যদা নাধ্যগমৎ সোঽন্তং কামানাং সর্ব্ববেদবিৎ। ততো গাথামিমাং গীত্বা সদারঃ প্রাবিশদ্বনম্ ॥৭॥
যৎ পৃথিব্যাং ব্রীহিযবং হিরণ্যং পশবঃ স্ত্রিয়ঃ। নালমেকস্য তৎ সর্ব্বমিতি মত্বা শমং ব্রজেৎ ॥৮॥
এবং কামান্ পরিত্যজ্য যযাতির্ধৃতিমেত্য চ। পূরুং রাজ্যে প্রতিষ্ঠাপ্য প্রয়াতো বনমীশ্বরঃ ॥৯॥
স চেন্মমার সৃঞ্জয়। চতুর্ভদ্রতরস্ত্বয়া পুত্রাৎ পুণ্যতরস্তুভ্যং মা পুত্রমনুতপ্যথাঃ।
অযজ্বানমদাক্ষিণ্যমভি শ্বৈত্যেত্যুদাহরৎ ॥১০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণ্যভি-
মন্যুবধে ষোড়শরাজিকে পঞ্চপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

॥৫—৬॥ বেদপূম্বা খণ্ডল-হৈরবা যযাতিনা, অদুম তৌর কাওবদা বিষয়ভোগ তৌবগী পেনবা লৈখিদ্রে। অদুগী তুংদা শৈরেং অসিমক্ শক্তুনা লোয়নবীগা বনদা চৎখি ॥৭॥

"পৃথিবীসিদ লৈরিবা, কৌচেং-সনা লুপানা
মণিমুক্তা নুপী অঙাং, শাশল্ সম্পাত্তিনা
মী অমতগী পুক্কীংবু পেল্হন্ব ঙম্দে মখোয়সিনা
অদুনা থাদোক্তদবনি খুদক্তা, পান্মোইদবনি অশিংবনা ॥৮॥

যযাতি নিংথৌনা মতৌ অসুম্না সংসারগী কামনা পূম্বা থাদোক্তুনা মচা নিপাপুরুদা নিংথৌ খুদম্ শিন্নরম্নগা বন্দা চৎখিদুনা নোংগাখি ॥৯॥ শ্বিত্যনন্দন, নিংথৌ, সৃঞ্জয়! মহারাজদগী হেন্না যজ্ঞদান তপস্যা তৌরগা বেদপাঠ তম্বনা তৌরবা, অদুগা মহারাজগী নচা ঈবুঙো লৈখিদ্রিবদুদগী হেন্না পুণ্য চেন্নবা যযাতি কৌবা নিংথৌ অদুতসু নোংগাপ্রবদা যজ্ঞদান উপস্যনচিংবা অমত তৌখিদ্রিবা নচা ঈবুঙোদুগীদমক্ থোইনা মিকানরুদুনা অনুতাপ অমদি বিলাপ তৌবদি চুমদে"— যুধিষ্ঠির! নারদনা মতৌঅসুম্না সৃঞ্জয় নিংথৌদা পাউতাক্-খুদম্ পীবিদুনা পেমজন্খি ॥১০॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যু বধগী মনুংদা ষোড়শরাজিকগী মাঙ্খোমঙাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥×॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ষট্পঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ

য়াখৈতরুকশুবা অধ্যায়

ষোড়শরাজিক ( নিংথৌ ভরাতরুকী রারী )

—:(*):—

নারদ উবাচ।

নাভাগমম্বরীষঞ্চ মৃতং স্বঞ্জয় ! শুশ্রুম। যঃ সহস্রং সহস্রাণাং রাজ্ঞাঞ্চৈকরথোঽজয়ৎ ॥১॥
জিগীষমাণাঃ সংগ্রামে সমন্তাদ্বৈরিণোঽভ্যয়ুঃ। শস্ত্রযুদ্ধবিদো ঘোরাঃ সৃজন্তশ্চাশিবা গির ॥২॥
বলযোগাদ্বশীকৃত্য তেষাং সোঽস্ত্রবলেন চ। ছত্রায়ুধধ্বজরথাংশ্ছিত্বা প্রায়ান্ গতব্যথঃ ॥৩॥
ত এনং মুক্তসন্নাহাঃ প্রার্থয়ন্ জীবিতৈষিণঃ। শরণ্যমীয়ুঃ শরণং তব স্ম ইতি বাদনঃ ॥৪॥
স তু তান্ বশগান্ কৃত্বা জিত্বা চেমাং বসুন্ধরাম্। ঈজে যজ্ঞশতৈরিষ্টৈর্যথা শাস্ত্রং তথানঘ। ॥৫॥
বুভুজুঃ সর্ব্বসম্পন্নমন্নমন্যে জনাস্তথা। তস্মিন্ যজ্ঞে তু বিপ্রেন্দ্রাঃ সুতৃপ্তাঃ পরমাচ্চিতাঃ ॥৬॥
মোদকান্ পুরিকাপুপান্ ধানাধমকশষ্কুলীঃ। করম্ভান্ পৃথুমৃদ্বীকা অন্নানি সুকৃতানি চ ॥৭॥

---

নারদনা হায়ঃ—মহারাজ স্বঞ্জয়! নাভাগগী মচা নিংথৌ অম্বরীষ হায়বহুম্ নোংগাঞ্জে হায়বা তায়। মহাক্না মথন্তনা রথ অমত্তদ তোংহুনা নিংথৌ লখা তরাবু জয় তৌখি ॥১॥ থাঙ-তানচিংবা খুৎলায় য়ায়। হৈরবা য়েক্নবশিংনা অম্বরীষবু জয় তৌগে হায়বগীদমক্ তমথিরবা থীরবা, অমঙ্গল ওইবগী রাহৈ ঙাক্ত লাউ লাউরহুনা মায়কৈপুম্বদগী কোয়শিল্লরে ॥২॥ মতম্ অদুদা অম্বরীষনা রথ অমদা তোংখত্নুনা, চেম্থোরকৃহুনা মখোয়গী লীরুংতেল, থাঙ-তা কিরাল, ছত্র, শগোল্ সারথি শিংবু অমুক্তদা কক্থত্নুনা। মখোয়বু মখা পোল্হন্দুনা মপূক্লিং রাইশংনা পোখাখি ॥৩॥ মহাকী মখুত্তা মায়থীবা কংলবা নিংথৌশিং অদুনা খুৎলোম্নহুনা মথরাই-মথরাইদদি কন্‌বিয়ু হায়না অম্বরীষদা চঙজখি ॥৪॥ পাপয়াওত্রবা স্বঞ্জয়, মহারাজ! মতৌ অসুম্না অম্বরীষনা নিংথৌ লাখা লখাবু জয় তৌহুনা পৃথিবীপুম্ববু মহাকী রাজ্য ওইহন্দুনা যজ্ঞ চামা চামা লিংখত্নুনা পাংথোকখি ॥৫॥ যজ্ঞশিং অদুদা লাকখিবা মীশিং অহুনা, অমময়া, মানমানা চানীঙবা থকনীঙবা, শেৎনিংবা পোৎশিং অহু মশীং নাইদনা কংনখি। ব্রাহ্মণমহর্ষিশিং লিশিং লিশিংনা নিংথৌগী সম্মানপুম্বা কংহুনা খোইনা পেম্নখি ॥৬॥ যজ্ঞদা ব্রাহ্মণশিং অহুনা, লড্ডু, পুরী জলেবী, খোইদিংলড্ডু, শঙোম্ মপান-শঙোম্ অকম্বা, মলাই-কিস্‌মিস্, হাউরবা চাকী জাৎ-জাৎ, হরাইথোংবা মখলমখল মালপুয়া (খাউদল),

অপূপান্ মৈরেয়কান্ পূপান্ রাগষাড়বাযবকান্। মিষ্টান্নানি সুযুক্তানি মৃদূনি সুরভীণি চ ॥৮॥
ঘৃতং মধু পয়স্তোয়ং দধীনি বসবন্তি চ। ফলং মূলঞ্চ সুস্বাদু দ্বিজাস্তত্রোপভুঞ্জতে ॥৯॥
(বিশেষকম্)

মদনীয়ানি পানানি বিদিত্বা চাত্মনঃ সুখম্। আপিবন্তি যথাকামং পানপা গীতবাদিতৈঃ ॥১০॥
তত্র স্ম গাথা গায়ন্তি ক্ষীবা হৃষ্টাঃ পঠন্তি চ। নাভাগস্তুতিসংযুক্তা ননৃতুশ্চ সহস্রশঃ ॥১১॥
তেষু যজ্ঞেষম্বরীষো দক্ষিণামত্যকালয়ৎ। রাজ্ঞাং শতসহস্রাণি দশপ্রযুতবাজিনাম্ ॥১২॥
হিরণ্যকবচান্ সর্ব্বান্ শ্বেতচ্ছত্রোপশোভিতান্। হিরণ্যস্যন্দনারূঢ়ান্ সানুযাত্রপরিচ্ছদান্।
ঈজানো বিততে যজ্ঞে দক্ষিণামত্যকালযৎ ॥১৩॥
মূর্দ্ধাভিষিক্তাংশ্চ নৃপান্ রাজপুত্রশতানি চ। সদণ্ডকোষনিচয়ান্ ব্রাহ্মণেভ্যো হ্যমন্যত ॥১৪॥
নৈব পূর্ব্বে জনাশ্চক্রুর্ন করিষ্যন্তি চাপরে। যদাম্বরীষো নৃপতিঃ করোত্যমিতদক্ষিণঃ।
ইত্যেবমন্বমোদন্ত প্রীতা যস্য মহর্ষয়ঃ ॥১৫॥
স চেন্মমার সৃঞ্জয়। চতুর্ভদ্রতরস্ত্বয়া। পুত্রাৎ পুণ্যতরস্তুভ্যং মা পুত্রমনুতপ্যথাঃ।

লড়ুজাৎ-জাৎ, পোৎলবা-মনম্ নুংশিরবা অথুম্ব পোৎচৈ কয়া-কযা, ঘী, খোইবী মনমনুংশহল্লবা ঈশিং শঙ্গোমপাল্ অশীনবা,-অথুম্বা, হাউরবা উহৈরাহৈ—পূম্নমক্ অসি মরাঙ্ কাযনা কংখি ॥৭—৯॥ ময়াইকারবা পোৎচৈ চাবশিং অহুনস্থ পোচ্চৈ চারুরগা মথাই ক-কাহুনা মত্তু ওইহুনা মনীঙ্ মখা তম্না জগোই শাখি ঈশৈশকখি ॥১০॥ মী লিশিং লিশিং মযাইকাখিহুনা হরাউমনখিহুনা অম্বরীষগী মতীক্ মগুণ শকশক্তুনা ঈশৈশকখি-জগোই শাখি ॥১১॥ অম্বরীষ কোবা নিংথৌসিনা যাজ্ঞিক ব্রাহ্মণশিংদা, যজ্ঞ অহু যাওবিবগী দক্ষিনাগী মশক্ ওইনা ব্রাহ্মণ অমমমদা নিংথৌ লখা অমমম্বু কংখি ॥১২॥ চাউরবা মহাক্কী যজ্ঞ অহুদা, অম্বরীষ কোবা নিংথৌনা সনাগী লালফূবিং লাৎপ, অঙৌবা পেখান্‌ব, সনাগী রথ মথক্তা তোংবা, মাগী মাগী মনাই মশলগা লোযনববা নিংথৌ পূম্নমকপু দান দক্ষিণাগী মশক্ ওইনা ব্রাহ্মণশিংদা কখোকৃখি ॥১৩॥ মাগী মাগী খোঙমী লাম্নাশিংগা লোযনরবা নিংথৌ কম্বান তোংঙ্গবা, নিংথৌশিং অহুবু অহুগা নিংথৌমচা চাম চামবু ব্রাহ্মণশিংগী মখুত্তা দান তৌখি ॥১৪॥ মাহুদা পেনগ্রবা ব্রহ্মণশিংনা খোইদোক্না পেনখিহুনা অসুম্না হাযনা শরুখি :—

"অম্বরীষ কোবা নিংথৌনা, তৌরিবা যজ্ঞসিগুম্বা
তৌরিবা দান দক্ষিণাসিগুম্বা, মমাঙৈদা নিংথৌ কনাসু
তৌনখিদ্রি হৌজিকসু তৌদে, মতুংদসু তৌররোই ॥১৫॥

"শ্বিত্যনন্দন নিংথৌ সঞ্জয়। মহারাজদগী হেন্না দানধর্ম্ম তপস্যা ব্রত তৌগ্রবা, বেদ পাঠ শ্রবনদা পূক্নীংদা চঙগ্রবা অহুগা মহারাজগী নচাঈবুঙো লৈখিদ্রবহুদগীসু হেন্না পুণ্য চেনগ্রবা অম্বরীষগুম্বা নিংথৌদসু নোংগাগ্রবসিদা, দানধর্মদক্ষিণাসু করিমত তৌখ্রিবা নচাঈবুঙোহুগী মিকানগনা

অথ জ্ঞানমদাক্ষিণ্যমপি শৈব্যোত্তুলাহরৎ ॥১৬॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
অভিমন্যুবধে অভিমন্যুপরাক্রমে ষট্পঞ্চাশমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

অমুক য়াম্না অনুতাপতৌবা, বিলাপ তৌবদি চুমদে।"— যুধিষ্ঠির। অমুম হায়না নারদনা স্ঞ্জয় নিংথৌদা পাউতাক্ খুদম্ পীরুনা থেম্জিন্‌বিখি ॥১৬॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা অভিমন্যু বধগী মনুংদা ষোড়শরাজিকগী য়াথৈতরুকুশুবা অধ্যায় লোইরে ॥×॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ষট্পঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ

য়াথৈতরেৎশুবা অধ্যায়

( ষোড়শরাজিক নিংথৌ তরাতরুক্কী রারী )

—:(০):—

নারদ উবাচ।

শশবিন্দুঞ্চ রাজানং মৃতং স্ঞ্জয়! শুশ্রুম্। ঈজে যো বিবিধৈর্যজ্ঞৈঃ শ্রীমান্ সত্যপরাক্রমঃ ॥১॥
তস্য ভার্য্যাসহস্রাণাং শতমাসীন্মহাত্মনঃ। একৈকস্যাঞ্চ ভার্য্যায়াং সহস্রং তনয়াভবন্ ॥২॥
তে কুমারাঃ পরাক্রান্তাঃ সর্ব্বে নিযুতযাজিনঃ। রাজানঃ ক্রতুভির্মুখ্যৈরীজানা বেদপারগাঃ ॥৩॥
হিরণ্যকবচাঃ সর্ব্বে সর্ব্বে চোত্তমধন্বিনঃ। সর্ব্বৈঽশ্বমেধৈরীজানাঃ কুমারাঃ শাশবিন্দবাঃ।
তানশ্বমেধে বাজেন্দ্র! ব্রাহ্মণেভ্যোঽদদৎ পিতা ॥৪॥

---

নারদনা হায়:—নিংথৌ স্ঞ্জয়! শশবিন্দু কৌবা নিংথৌ অমুম নোংগাশ্রে হায়বা তায়। মরল মথুম্ য়াম্না লৈরবা থাজৈশেংনা মপাঞ্জল কল্লবা নিংথৌ অসীনা মশীং লাকৃওমদনা যজ্ঞ করা তৌখি ॥১॥ পুক্চেল্ চাউরবা নিংথৌ অসিগী লোয়নবী লখা অমনি। লোয়নবী অমমমগী গর্ভদা মচা লিশিং অমমম্ পোক্‌খি ॥২॥ হায়রিবা মচাশিং অসি অমময়া থোইনা কল্লবা, বেদ শাস্ত্র হৈবা, মচাশিং অসিনা নিংথৌ ওইরবা তুংদা যজ্ঞ নিযুত অম তৌগে হায়না সংকল্প তৌখি মথল মখাঅয়াম্বা যজ্ঞ করাকয়া তৌখি ॥৩॥ শশবিন্দুগী মচাশিং অসি অমময়া সনাগী

শতং শতং রথগতা একৈকং পৃষ্ঠতোঽন্বয়ুঃ। রাজপুত্র্যং তদা কন্যাস্তপনীয়বিভূষিতাঃ ॥৫॥
কন্যাং কন্যাং শতং নাগা নাগে নাগে শতং রথাঃ। রথে রথে শতঞ্চাশ্বা বলিনো হেমমালিনঃ।
অশ্বে অশ্বে সহস্রং গা গবাং পঞ্চাদজাবিকম্ ॥৬॥
এতদ্ধনমপর্য্যন্তমশ্বমেধে মহামখে। শশবিন্দুর্মহাভাগো ব্রাহ্মণেভ্যো হ্যমন্যত ॥৭॥
বার্ক্ষা যূপাশ্চ যাবন্তো হ্যশ্বমেধে মহামখে। তে তথৈব পুনশ্চান্যে তাবন্তঃ কাঞ্চনাভবন্ ॥৮॥
ভক্ষ্যান্নপাননিচয়াঃ পর্ব্বতাঃ ক্রোশমুচ্ছিতাঃ। তস্যাশ্বমেধে নির্ব্বৃত্তে রাজ্ঞঃ শিষ্টাস্ত্রয়োদশ ॥৯॥
তুষ্টপুষ্টজনাকীর্ণাং শান্তবিঘ্নামনাময়াম্। শশবিন্দুরিমাং ভূমিং চিরং ভুক্ত্বা দিবং গতঃ ॥১০॥
স চেন্মমার সৃঞ্জয়। চতুর্ভদ্রতরস্ত্বয়া। পুত্রাৎ পুণ্যতরস্তুভ্যং মা পুত্রমনুতপ্যথাঃ।
অযজ্বানমদাক্ষিণ্যমভি শ্বৈত্যেত্যুদাহরৎ ॥১১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণ্যভিমন্যুবধে ষোড়শরাজিকে সপ্তপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

লালফুরিৎ অমমম্ লীৎলি। অমমম্না চাউরচাউরবা রথীমক্ত ওই, অমমম্না যজ্ঞ কয়া কয়া তৌখি। মখোয় পুম্নমক গুম্না অশ্বমেধযজ্ঞ অমমম্ পাঙথোকখি অত্তুগী তুংদ। শশবিন্দু হায়বা নিংথৌ অত্তুনা অত্তুক্ য়াম্বা মচাশিং অত্তুবু অশ্বমেধযজ্ঞ অমদা, ব্রাহ্মণশিংগী মথুন্তা যজ্ঞগীদান ওইনা কথোকখি ॥৪॥ মতম্ অত্তুদা মখোয় নিংথৌমচা অমমমগী তুংদা সনালুপা লৈতেংলবী কন্যা চামচামনা ইন্নরম্মি ॥৫॥ কন্যা অমমমগী তুংদা শামু চামা, শামু অমমমগী তুংদা রথ চামচামা, রথ অমমমগী তুংদ। সনয়ীক্ পরেং শিবা, নীঙথিজরবা শগোল্ চামচামনা ইন্নখি। শগোল অমমমগী তুংদা শল চামচামনা, শলঅমমমগী তুংদা য়াও-হামেং মশীং লাকওমদনা ইন্নখি ॥৬॥ মতৌ অম্নুমা শশবিন্দু হায়বা নিংথৌ অত্তুনা মহাক্কী চাউরবা অশ্বমেধ যজ্ঞ অত্তুদা মশীং লাকওমদনা দান তৌখি ॥৭॥ মহাক্কী অত্তুম্ ওইবা চাউরবা অশ্বমেধ যজ্ঞ অত্তুদা য়াওখিবা যজ্ঞগী শা পুন্নবা যুম্বী মথৈ সনাতনা পুমহৈ ওইনা শাখিবনি ॥৮॥ শশবিন্দু হায়বা নিংথৌ অসিগী অশ্বমেধযজ্ঞন। পূর্ণাহুতি ওইরবা তুংদা লাক্লিবা মীয়াম্ অত্তুনা চাননবা পৈরিবা অথুম্ অহাউ অচাথক্ অত্তুমক্তনা অমমম্না য়ুথক্ অমমম্ রাংবা, চীংথ্রুম্ তরাহুমদোই ওইখি ॥৯॥ মশামউক্করবা, অনায়েক্ লৈত্রবা, পুনশিতোলোইনা পানবা প্রজাশিংনা থল্লবা রাজ্য অত্তুদা সুখশান্তিগা লোয়ননা পাল্লম্নগা শশবিন্দু হায়বা নিংথৌ অত্তু নোংগাখি ॥১০॥ শ্বিত্যনন্দন নিংথৌ সৃঞ্জয়! মহারাজদগী হেন্না বেদপাঠ তৌরবা যজ্ঞদান তপস্যা তৌপ্রবা অত্তুগা মহারাজগী লৈখিদ্রিবা নচাঈবুঙো অত্তুদগীসু হেন্না পুণ্যচেল্লবা যজ্ঞ যাগ তপস্যা তৌপ্রবা শশবিন্দু হায়বা নিংথৌ অত্তুদসু নোংগাপ্রবদা, যজ্ঞদানসু করিমত্ত তৌখিদ্রিবা নচাঈবুঙোত্তুগী মিকানরুত্তুনা করিগী অত্তুক্ রাম্না অনুতাপ তৌগনি? অত্তুগা করিগী অত্তুপ বিলাপ তৌগনি? ॥১১॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যুবধগী মনুংদা "ষোড়শরাজিক"গী য়াঙ্খৈতরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## অষ্টপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ

য়াখৈনিপালশুবা অধ্যায়

ষোড়শরাজিক ( নিংথৌ তরাতরুকী মথং )

———:❋:———

নারদ উবাচ।

গয়ঞ্চামূর্ত্তরয়সং মৃতং সৃঞ্জয়! শুশ্রুম। যো বৈ বর্ষশতং রাজা হুতশিষ্টাশনোঽভবৎ ॥১॥
তস্মৈ হ্যগ্নির্বরং প্রাদাত্ততো বব্রে বরং গয়ঃ। তপসা ব্রহ্মচর্য্যেণ ব্রতেন নিয়মেন চ ॥২॥
গুরূণাঞ্চ প্রসাদেন বেদানিচ্ছামি বেদিতুম্। স্বধর্ম্মেণাবিহিংস্যান্যং ধনানিচ্ছামি চাক্ষয়ম্ ॥৩॥
( সুখ্যাম্ )
বিপ্রেষু দদতশ্চৈব শ্রদ্ধা ভবতু নিত্যশঃ। অনন্যাসু সবর্ণাসু পুত্রজন্ম চ মে ভবেৎ ॥৪॥
অন্নং মে দদতঃ শ্রদ্ধা ধর্ম্মে মে রমতাং মনঃ। অবিঘ্নঞ্চাস্তু মে নিত্যং ধর্ম্মকার্য্যেষু পাবক! ॥৫॥
তথা ভবিষ্যতীত্যুক্ত্বা তত্রৈবান্তরধীয়ত। গয়ো হ্যবাপ্য তৎসর্ব্বং ধর্ম্মেণারীনজীজয়ৎ ॥৬॥
স দর্শপৌর্ণমাসাভ্যাং কালেষ্বাগ্রয়ণেষু চ। চাতুর্মাস্যৈশ্চ বিবিধৈর্যজ্ঞৈশ্চাবাপ্তদক্ষিণৈঃ।
অযজচ্ছ্রদ্ধয়া রাজা পরিসংবৎসরান্ শতম্ ॥৭॥

---

নারদনা হায় ঃ— শ্বিত্যনন্দন, মহারাজ, সৃঞ্জয়! অমূর্ত্তরয়াগী মচা নিংথৌ গয় কৌবদুসু নোংগাক্রে হায়না তায়। নিংথৌ অসি চহী চামচুপ্পা যজ্ঞগী অরেম্বা (চরু) অতুম্ত চাতুনা ব্রত তৌখি ॥১॥ নোংমা, অগ্নিদেবমক্না মূর্ত্তি নাইনা চোংথোরক্লুনা গয়দ বরনিয়ু হায়খি। গয়নসু অসুম হায়না নিখি ঃ— "তপস্যা, ব্রহ্মচর্য্য, ব্রত, নিয়ম অমদি গুরুজনশিংগী কৃপাতনা বেদপুম্ব তত্বগা লোয়নননা খঙজগে। অতোপ্পা অমগী ধর্ম্মবু হিংসা তৌরুদনা, অতোপ্পগী ধর্ম্মবু নিন্দা তৌরুদনা, ঈশাগী ধর্ম্মদা লেঙদনা লৈতুনা অমাঙঅতা লৈত্রবা মিংচৎ-লন্ কংজগে।" —॥২—৩॥ "মতম্ লৈবা খিবিক্তা ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌনিংবদা শ্রদ্ধা অমদি আসক্তি তত্তনা লৈব ওইজগে। ঈশাগী সতী ওইবী লোয়নবীগী গর্ভদগী শেংলবা ঈচা কংজগে।" —॥৪॥ "অত্তুগা অগ্নিদেব! মতম্ লৈবখিবিক্তা মীওোক্তদা পীজ পীথকনিংবগী রাখল অসি লেঙ্দনা লৈবা ওইহনবিয়ু। ধর্ম্মগী কর্ম্মতদা পূক্নীংচঙবা ওইজগে। ঐগী ধর্ম্ম পূমমক্কী অনুষ্ঠানদা বিঘ্ন অমত্ত লৈতবা ওইসনু।"-॥৫॥ অস্থম্ হায়না বর ময়াম্ অসি গয়না নিরক্লবা মতমদা অগ্নিদেবনা "করে, মাহুমক্ ওইরসনুকো" —হায়না বর পীরম্নগা অন্তর্ধান কংখি। গয় নিংথৌনা হায়খ্রিবা পূম্নমক অসি কংতুনা, ধর্ম্ম কায়দনা য়েক্লবশিংবু ওম্খি ॥৬॥ অতুগী তুংদা শপবিন্দুনা দর্শযাগ, পৌর্ণমাসযাগ, নবশস্যেষ্টিযাগ, চাতুর্মাস্য

গবাং শতসহস্রাণি শতমশ্বশতানি চ। শতং নিষ্কসহস্রাণি গবাঞ্চাপ্যযুতানি ষট্‌।
উশীনরোশবায় সংপ্রাদাৎ পরিসংবৎসরান্ শতম্ ॥৮॥

নক্ষত্রেষু চ সর্ব্বেষু দদন্নক্ষত্রদক্ষিণাঃ। ঈজে চ বিবিধৈর্যজ্ঞৈর্যথা সোমোঽঙ্গিরাস্তথা ॥৯॥

সৌবর্ণাং পৃথিবীং কৃত্বা য ইমাং মণিশর্করাম্। বিপ্রেভ্যঃ প্রাদদদ্রাজা সোঽশ্বমেধে মহামখে ॥১০॥

জাম্বূনদময়া যূপাঃ সর্বে রত্নপরিচ্ছদাঃ। গয়স্যাসন সমৃদ্ধাস্তু সর্ব্বভূতমনোহরাঃ ॥১১॥

সর্ব্বকামসমৃদ্ধাংশ্চ প্রাদাত্তাংশ্চ গয়স্তদা। ব্রাহ্মণেভ্যঃ প্রহৃষ্টেভ্যঃ সর্ব্বভূতেভ্য এব চ ॥১২॥

সসমুদ্রবনদ্বীপনদীনদসরঃসু চ। নগরেষু চ রাষ্ট্রেষু দিবি ব্যোম্নি চ যেঽবসন্ ॥১৩॥

ভূতগ্রামাশ্চ বিবিধা সুতৃপ্তা যজ্ঞসম্পদা। গয়স্য সদৃশো যজ্ঞো নাস্ত্যন্য ইতি তেঽব্রুবন্ ॥১৪॥
(যুগ্মকম্)

ষট্‌ত্রিংশদ্‌যোজনায়ামা ত্রিংশদ্‌যোজনধায়তা। পশ্চাৎ পুরশ্চতুর্বিংশদ্বেদী হ্যাসীদ্ধিরণ্ময়ী ॥১৫॥

গয়স্য যজমানস্য মুক্তাবজ্রমণিস্তৃতা। প্রাদাৎ স ব্রাহ্মণেভ্যোঽথ বাসাংস্যাভরণানি চ ॥১৬॥

---

যাগ, আসনচিংবা যাগযজ্ঞ কয়া তৌহ্না মতীক্‌চানা দানদক্ষিণা তৌখি। অসি নত্তবা যজ্ঞ মখল্ কয়া কয়া তৌত্তনা, পুনশি চুপ্প দেবপূজাতদা পূক্নীং চঙখি ॥৭॥ গয় কৌবা নিংথৌ অসিনা চহী কয়া চুপ্পা, অয়ুক্ ওন্তা-ওন্তা হৌগৎতুনা প্রাতসন্ধ্যা তর্পণচিংবা লোইরগা, ব্রাহ্মণশিংদা শম্বী লখা কয়াগা লিশিং হুম্ফু-হুম্ফু, শগোল্ লিশিং অমমম্, অতুগা লোয়নননা সনা মপাক্ (মোহর) লখা কয়া কয়া সুমিৎ থুদিংগী দান তৌখি ॥৮॥ গয় নিংথৌনা চন্দ্র অমদি অঙ্গিরাগী মতৌগুম্ নোংমদোম্বক্তা থোক্লিনা থরানমিচাক্ থুদিংদা দান তৌদুনা যজ্ঞ মখল্-মখল্ পাঙথোক্‌খি ॥৯॥ গয় কৌবা নিংথৌ অতুনা চাউরবা অশ্বমেধ যজ্ঞ অমদা মণি মতুম্-মতুম্‌গা লোয়নরবা সনাতনা পূমহৈ ওইনা শারবা পৃথিবী (পৃথিবীগী মওংগী মতুম্) ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌখি ॥১০॥ গয় নিংথৌনা তৌখিবা যজ্ঞ পূম্নমক্তা য়ুংখিবা য়ুম্বীমখৈ সনামক্তনি। মাতুগী মথক্তা মণিরত্ন মখলমখল্ল হত্তূনা মীপূম্নমক্কী পূক্নীং হূননবগী মশক্ ওইখি ॥১১॥ যজ্ঞনা লোইরবা মতমদা গয় নিংথৌনা অদুক্ য়াম্ব সনাগী য়ুম্বীশিং অদু ব্রাহ্মণশিংদা অদুগা মতীকচাবা অতোপ্‌ অতোপ্প জাতিগী মীশিংদা দান তৌখি ॥১২॥ সমুদ্রদা, বনদ্বীপ-তুরেন্দা, পুখ্রীদা, চীঙমান্দা, নগরদা-গ্রামদা, লৈমায়থক্তা, নোং-মদোন্দা হেক্ লৈরিবা জীবশিংনা গয় নিংথৌনা তৌখিবা যজ্ঞ অদুদা থোইনা পেমখিদুনা "গয় নিংথৌগী যজ্ঞসিগুম্বা অমত লৈখিদ্রে"—হায়না গয়গী স্তুতিগান্ তৌখি ॥১৩—১৪॥ যজ্ঞদা পূক্নীং চঙপ্রবা নিংথৌ গয়গী যজ্ঞগী বেদি অদুমক্ ময়ুংদা খুদুপ তরানিপাল, মরাক্তা খুদুপ তরামঙা, রাংবদা খুদুপ তরানিথোইনি। সনাতনা পূমহৈ ওইনা তাখৎপনি, মথক্তা মণিমুক্তা সনরীক্ মক্তনা পূমথন্ থম্না চাইবনি। দান তৌবগী পেন্‌বা নাইত্রবা নিংথৌ গয়না ব্রাহ্মণশিংদা মমল্ য়াম্ন য়াম্নবা ফিরোল্, লৈতেং মখল্ মখল দানতৌখি। যজ্ঞ অদুদা ময়াম্না চাখিবগী লেম্‌হৌবা

যথোক্তা দক্ষিণাশ্চাপ্যা বিপ্রেভ্যো ভূরিদক্ষিণ:। যত্র ভোজনশিষ্টস্য পর্ব্বতা: পঞ্চবিংশতি: ॥১৭॥
কুল্যাশ্চ ক্ষীরবাহিন্যো রসানামভবংস্তদা। বস্ত্রাভরণগন্ধানাং রাশয়শ্চ পৃথগ্‌বিধা: ॥১৮॥
(কলাপকম্)

যস্য প্রভাবাচ্চ গয়স্ত্রিষু লোকেষু বিশ্রুত:। বটশ্চাক্ষয্যকরণ: পুণ্যং ব্রহ্মসরশ্চ তৎ ॥১৯॥
স চেন্মমার সৃঞ্জয়! চতুর্ভদ্রতরস্ত্বয়া। পুত্রাৎ পুণ্যতরস্তুভ্যং মা পুত্রমনুতপ্যথা:।
অযজ্বানমদাক্ষিণ্যমভি শ্বৈত্যেত্যুদাহরৎ ॥২০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণ্যভি-
মন্যুবধে ষোড়শরাজিকে অষ্টপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়: ॥০॥ *

---

অথুম্ অহাউ অচাথকৃমক্তগী চৌওদুম্ কুনমঙা লৈহৌই। মাহুদা শন্দোম্ ঘী খোইহীনচিংবা মহীলাওবা পোৎ কয়া কয়ানা তুরেলগী মশক্ ওইদুনা চেন্থখি। অদুগা অকোয়বদা, দান তৌবগী মথাক্ লৌবা ওম্‌দন্থনা থনস্বা, সনালুপা মণিমুক্তাতনা মপৈ মপৈ চোইনচোইনা তাদুনা লৈখি ॥১৫—১৮॥ মহাক্কী প্রভাবতগী নিংথৌগয়না মরোল্ অহুম্‌দা মমিং চৎখিবা, অদুগুম্বা অক্ষয়বটনা অদুগা ব্রহ্মসরোবর হায়বদুনা যুগকয়া তেককায়দনা লৈরম্মী ॥১৯॥ "শ্বিত্যনন্দন, নিংথৌ সৃঞ্জয়! মহারাজদগী হেন্না বেদপাঠ দানদক্ষিণ ব্রত যজ্ঞ তৌগ্রবা অদুগা মহারাজগী লৈখিদ্রিবা নচাইবুডোদুদগীসু হেন্না পুণ্যচেন্নবা গয় কৌবদুমকসু লৈখিদ্রবদা, দানদক্ষিনা করিমতা তৌখিদ্রিবা মহারাজগী নচাইবুডো অদুগীদমক্ মিকানরুদুনা অনুতাপ অমদি বিলাপ তৌবসি চুমদে।"- নিংথৌ যুধিষ্ঠির! মতৌ অসুম্না নারদনা সঞ্জয় নিংথৌগী মফমদা পাউতাক-খুদম্ পীদুনা মহাক্পু থেম্‌জিনখিখি ॥২০॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা, সংহিতাদা "অভিমন্যুবধ" গী মনুংদা ষোড়শরাজিক"গী রাথৌনিপাল্‌গুবা অধ্যায় লোইরে ॥×॥

# শ্রীমহাভারতম্

## উনষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ

য়াথৈমাপলগুবা অধ্যায়

ষোড়শরাজিক ( নিংথৌ তরাতরক্কী রাগী মথং)

—:( * ):—

নারদ উবাচ।

সাংকৃতিং রন্তিদেবঞ্চ মৃতং সৃঞ্জয় । শুশ্রুম । যস্য দ্বিশতসাহস্রা আসন্ সূদা মহাত্মনঃ ॥১॥
গৃহানভ্যাগতান্ বিপ্রানতিথীন্ পরিবেশকাঃ । পক্বাপক্ব দিবারাত্রমপর্য্যন্তং ধনং তদা ॥২॥
ন্যায়েনাধিগতং বিত্তং ব্রাহ্মণেভ্যো হ্যমন্যত । বেদানধীত্য ধর্ম্মেণ যশ্চক্রে দ্বিষতো বশে ॥৩॥
উপস্থিতাশ্চ পশবঃ স্বয়ং যং সংসিতব্রতম্ । বহবঃ স্বর্গমিচ্ছন্তো বিধিবৎ সত্রযাজিনম্ ॥৪॥
নদী মহানসাদ্যস্য প্রবৃত্তা চর্ম্মবাসিতঃ । তস্মাচ্চর্ম্মণ্বতী পূর্ব্বমগ্নিহোত্রাত্তবৎ পুরা ॥৫॥
ব্রাহ্মণেভ্যোঽদদন্নিষ্কান্ সৌবর্ণান্ স্বপ্রভাবতঃ । তুভ্যং নিষ্কং তুভ্যং নিষ্কমিতি হ স্ম প্রভাষতে ॥৬॥
তুভ্যং তুভ্যমিতি প্রাদান্নিষ্কান শতসহস্রশঃ । ততঃ পুনঃ সমাশ্বাস্য নিষ্কানেব প্রযচ্ছতি ॥৭॥

---

**নারদনা হায়ঃ**—মহারাজ সৃঞ্জয়। সংকৃতিগী মচা রন্তিদেব হায়বহুস্নু নোংগাথে হায়ধা তায়। পূক্চেল্ চাউরবা মহাক অসিগী চাক্খোংবা পুজারী লক্ষ। অনী লৈরম্মি ॥১॥ অতিথি ব্রাহ্মণশিংনা মাগী যুমদা লাক্লবদি অতিং নুংখিল নাইদনা পুজারীশিং অহুনা, অতিথিশিং অহুনা পাম্লিবা চানীঙ্লিবা পুম্নমক্ অহু রাত্তনবা হোংনৈ চাবা হেক্ হেক্ লোইরগা রন্তিদেব হায়বা নিংথৌ অসিনস্নু মখোযদা মশীং লাকৃওম্দনা সনালুপা মণিমুক্তা দক্ষিণা ওইনা দান তৌথি ॥২॥ রন্তিদেবনা ধর্ম্মতনা হায়বদি ধর্ম্ম কায়দনা ফংবা লন্তনা দান ধর্ম্ম তৌথি। মুমিৎচুপ্প বেদপাঠ তপস্যা ব্রত তৌদুনা য়েক্লবশিংবু মপুক্লীং নাহন্দনা মথা পোলহন্থি ॥৩॥ শল শগোম্নচিংবা শা কাওবা স্বর্গ ফংনিংবনা রন্তিদেবগীনাক্ত লাক্তুনা চপ্ চপ্ লেপ্লে ॥৪॥ মহাক্কী পাক্চাউরবা চাকথোং শঙ্দা পৈরিবা যজ্ঞগী শাশিং অহুগী মউন্দগী চেস্থমকপনা ঈগী তুরেল্ অম থোকখি। চর্ম্ম (মউন)দগী থোকখিবগীদমক্ তুরেল অহু মতুংদা চর্ম্মণ্বতীনদী হায়না মতুংদা কাওখি ॥৫॥ রন্তিদেবনা মহাক্কী লন্টৈগ পূগৈদা খাক্হৌবা তৌদনা ব্রাহ্মণশিংদা মুমিৎ খুদিংগী "সনা অসি কচ্ছরি, লৌবিয়ু" "সনা অসি কচ্ছরি, লংনবিগনু"—অসুম্ন হায় হায়দনা দান তৌথি ॥৬॥ "অসিমসু কচ্ছরি, অসিমসু পীজরি" অসুম্ হায় হায়হুনা ব্রাহ্মণশিং অহুদা পীবা কাওবদা

অয়ং দত্তং ময়াস্তেতি নিষ্ককোটিং প্রদায় সঃ । একাহ্না দাস্যতি পুনঃ কোঽন্যস্তৎ সংপ্রদাস্যতি ॥৮॥
দ্বিজপাণিবিয়োগেন দুঃখং মে শাশ্বতং মহৎ । ভবিষ্যতি ন সন্দেহ এবং রাজাদদদ্বসু ॥৯॥
সহস্রশশ্চ সৌবর্ণান্ বৃষভান্ গোশতানুগান্ । সাষ্টং শতং সুবর্ণানাং নিষ্কমাহুঃ পলং তথা ॥১০॥
অধ্যর্দ্ধমাসমদদদ্ব্রাহ্মণেভ্যঃ শতদ সমাঃ । অগ্নিহোত্রোপকরণং যজ্ঞোপকরণঞ্চ যৎ ॥১১॥
ঋষিভ্যঃ করকান্ কুম্ভান্ স্থালীপিঠরমেব চ । শয়নাসনযানানি প্রাসাদাংশ্চ গৃহাণি চ ॥১২॥
বৃক্ষাংশ্চ বিবিধান্ দদ্যাৎ পর্ব্বতোপবনানি চ । সর্ব্বং সৌবর্ণমেবাসীদ্রন্তিদেবস্য ধীমতঃ ॥১৩॥ (যুগ্মকম্)
তত্রাস্য গাথা গায়ন্তি যে পুরাণবিদো জনাঃ । রন্তিদেবস্য তাং দৃষ্ট্বা সমৃদ্ধিমতিমানুষম্ ॥১৪॥
নৈতাদৃশং দৃষ্টপূর্ব্বং কুবেরসদনেষ্বপি । ধনঞ্চ পূর্য্যমাণং নঃ কিং পুনর্মনুজেষ্বিতি ।
ব্যক্তং বস্বোকসারেয়মিত্যূচুস্তত্র বিস্মিতাঃ ॥১৫॥

---

পেন্দ্রদুনা, পীগ্রবা মীশক্ অদুদসু অমুক্ কৎশিল্লি পিশীল্লি ॥৭॥ নোংমদা সনা মোহর ( সনা মপাক্ ) কোটি অমতংককা দান তৌব ৰংহৌরবদি "ঐদি ঙসিদি দান কৰিমত তৌহৌদ্রে" হায়না অনু-তাপ তৌখি। অদুদগী নীঙঙম্মক্তদুনা সনামপাক্ কোটি কোটি পুখোক্না অমুক্ য়েম্বোক্পা হৌখি ॥৮॥ দান খজিক্তং লৎনবদা অতিথি ব্রাহ্মণনা তিংথোকলম্ব: মথুং অদু খজিক্তং হঞ্জিন-খিবগুম্বা উবদা পুক্লীংদা থোইনা মুংঙাইতবা পোকখিবা তারে হায়না খন্দুনা রন্তিদেবনা মীকুপ অমম্ভাওবা লৎনদনবা দান তৌখি ॥৯॥ রন্তিদেবনা শম্বী চাম চামগা লোয়ননা সনানা শাবা চাউর চাউরবা শল্লাবা দান তৌখি। মতম্ অদুদা সনা মপাক্ চাম-নিপাল্-নিপাম্না মোহর অমমম্নি হায়না খঙনৈ। সুবর্ণমুদ্রা অদুবুসু, মতম্ মদুদা নিষ্ক অম কৌনরম্মি। অসি-গুম্বা নিষ্ক কয়া কয়ানা থুজীং ওইদুনা রন্তিদেবনা দান তৌখি ॥১০॥ রন্তিদেবনা মহাকী যজ্ঞ-শিংদা শীজিন্নখিবা, শাস্ত্রগী মতুং ইন্না হাপখিবা, সনা লুপাতনা শাবা যজ্ঞগী অরেম্বা পোচ্চৈশিং অদু মুমিৎ খুদিং য়েম্বোক্পা, দান তৌথোকপদা চহী চামগা থা মথায় অম হেন্না চঙখি ॥১১॥ রন্তিদেবনা ঋষিশিংগী মফম্দা সনাগী কমণ্ডলু, চফু, পুখম্, থাবৈ, ফমুং, আসন, শাদোং (দো-লাইনচিংবা ) য়ুম্ ফজ ফজরবা, উপাম্বী, চীঙ, বন, হৈকোল্ লৈকোল্ পুন্নমক্ অসি দান তৌখি। রন্তিদেবনা তৌখিবগী দানগী পোচ্চৈ মখৈ সনাগী সনামক্তনি ॥১২—১৩॥ মতম্ অদুগী বেদপুরাণ হৈবা জ্ঞানী পণ্ডিতশিংনা রন্তিদেবগী মগুণবু মতৌ অসুম্না শকৃশোন্নখি ॥১৪॥

"রন্তিদেবগী অস্নুক্ য়াম্বা লন্থুম্দি,
কুবেরগী লনগৈদসু উজখিদ্রি,
মীওইবমগীদি করিমুক্ হায়রুনি ?
মাগী নুগরদা শারিবা, লৈরিব য়ুম্ মখৈসি,
সনানা শাবমক্তনি, অসিবু অঙকৃপা নত্তরা।"

সাংকৃতে রন্তিদেবস্য যাং রাত্রিমতিথির্বসেৎ। আলভ্যন্ত তদা গাবঃ সহস্রাণ্যেকবিংশতিঃ ॥১৬॥
তত্র স্ম সূদাঃ ক্রোশন্তি সুমৃষ্টমণিকুণ্ডলাঃ। সূপং ভূয়িষ্ঠমশ্নীধ্বং নাদ্য মাংসং যথা পুরা ॥১৭॥
রন্তিদেবস্য যৎ কিঞ্চিৎ সুবর্ণমভবত্তদা। তৎ সর্ব্বং বিততে যজ্ঞে ব্রাহ্মণেভ্যো হ্যমন্যত ॥১৮॥
প্রত্যক্ষং তস্য হব্যানি প্রতিগৃহ্ণন্তি দেবতাঃ। কব্যানি পিতরঃ কালে সর্ব্বান্ কামান্ দ্বিজোত্তমাঃ ॥১৯॥
স চেন্মমার সৃঞ্জয়! চতুর্ভদ্রতরস্ত্বয়া। পুত্রাৎ পুণ্যতরস্তুভ্যং মা পুত্রমনুতপ্যথাঃ।
অযজ্ঞানমদাক্ষিণ্যমভি শ্বৈত্যেত্যুদাহরৎ ॥২০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণ্যভি-
মন্যুবধে ষোড়শরাজিকে উনষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

অম্পুম্ হায়না অউবা মথৈনা অভকৃপগা লোয়ননা শরু শোন্নখি থাগৎনখি ॥১৫॥ সংকৃতিগী মচা রন্তিদেবগী য়ুম্দা অতিথিশিংনা লাকপা অহিং-অহিংতুমক্তদা যজ্ঞগী শা লিশিং কুম্নাথোই অতিথিশিং অন্নদা পীজনবা শেম্খি ॥১৬॥ অদুগী তুংদা, মশামউ নাল্লবা, সনাগী কুণ্ডল নাইন্ চিন্বা, সনাখূজী শিবা চাক্থোংবা-চাক্ য়েঙ্খাং য়েনবশিংনা অস্থুম্না ময়ামদা লাউথোক্খি ঃ— "ওসিদ ময়াম্না হাউর হাউরবা হরাই মথেল্-মথেল্ য়াম্না হাবিয়ু ; মরম্দি শা-ভাথোংবা য়েঙ্খাং করিমত লৈত্রে" ॥১৭॥ মতুংদা রন্তিদেবনা যজ্ঞ তৌথ্রবমতুংদা লেম্হৌবা সনা লুপা মরাক্ অমফাওবা খাকহৌদনা ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌগনি হায়না সংকল্প তৌখি ॥১৮॥ নোংমদোম্বকী লাইশিংনা মূর্ত্তি নাইন-নাইনা কুম্থরক্নুনা রন্তিদেবনা কংলিবা যজ্ঞপূজাগী পোৎশিং অহুবু খুৎথেংননা লৌবিখি। মমাইগী পিতৃলোকশিংসু মশক্ নাইনা লাক্নুনা শ্রাদ্ধগী দ্রব্যশিং অত্ত মখুৎমক্না লৌখি। ব্রাহ্মণশিংনসু মানা মানা হেক পাম্লিবা পোৎচৈশিং অদু রন্তিদেবগী মফম্দগী ফংখি ॥১৯॥ "মরম্ অদুদা, শ্বিত্যনন্দন, সৃঞ্জয় মহারাজ! মহারাজদগী হেন্না বেদ পাঠ, যজ্ঞ-ব্রত তপস্যানচিংবা তৌথ্রবা, অদুগা মহারাজগী নচাঈবুঙো লৈখিদ্রিবা অদুদগীসু হেন্না পুণ্য চেন্নবা রন্তিদেব ফাওবা মনুং মতম্ লোইহুনা নোংগাথ্রবদা, দান ধর্ম্ম, যজ্ঞ-তপস্যা মতীক চানা তৌখিদ্রিবা নচাঈবুঙোদুগী মিকানথুনা খম্মোয় শোক্না রাবা, অনুতাপ অমদি বিলাপ তৌবদি চুমদে। যুধিষ্ঠির"। মতৌ অস্থুম্না নারদনা সৃঞ্জয়গী মফম্দা পাউতাক্ খুদম্ পীরনা মহাকপু থেম্জিন্বিখি ॥২০॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যুবধগী মতুংদা ষোড়শরাজিকগী য়াথৈ মাপল্লগুবা অধায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ

### হুমফুশুবা অধ্যায়ঃ

ষোড়শরাজিক ( নিংথৌ তরাত্তরক্কী য়ারী মথং )

---

নারদ উবাচ ।

দৌষ্মন্তিং ভরতঞ্চাপি মৃতং সৃঞ্জয় ! শুশ্রুম । কর্ম্মাণ্যসুকরাণ্যন্যৈঃ কৃতবান্ যঃ শিশুর্বনে ॥১॥
হিমাবদাতান্ যঃ সিংহান্ নখদংষ্ট্রায়ুধান্ বলী । নির্বীর্য্যাংস্তরসা কৃত্বা বিচকর্ষ ববন্ধ চ ॥২॥
ক্রূরাংশ্চোগ্রবলান্ ব্যাঘ্রান্ দমিত্বা চাকরোদ্বশে । মনঃশিলা ইব শিলাঃ সংযুক্তা জতুরাশিভিঃ ॥৩॥
ব্যালাদীংশ্চাতিবলবান্ তৎপ্রতীপান্ গজানপি । দংষ্ট্রাসু গৃহ্যাধিরুহ্য শুষ্কাস্যানকরোদ্বশে ॥৪॥
মহিষানপ্যতিবলঞ্চকর্ষ বলিনো বনে । সিংহানাঞ্চ সুদৃপ্তানাং শতান্যদমযদ্বলাৎ ॥৫॥
বলিনঃ সৃমরান্ খড়গান্ নানাসত্ত্বানি চাপ্যুত । কৃচ্ছ্রপ্রাণান্ বনে বদ্ধা দমযিত্বা ব্যপাসৃজৎ ॥৬॥
তং সর্বদমনেত্যাহুর্দ্বিজাস্তেনাস্য কর্ম্মণা । তং প্রত্যষেধজ্জননী মা সত্ত্বানি ব্যনীনশঃ ॥৭॥

---

নারদনা হায়ঃ—মহারাজ সৃঞ্জয় ! দুষ্মন্তগী মচা ভরত হায়বা নিংথৌ অহুম্ নোংগাপ্রে হায়বা তায় । মহাক্ অসি অঙাং পিশক্ ওইরিঙৈদগী ওস্থোক ওস্থোক্পা অঙকপা থবক্ঙাক্ক তৌখি ॥১॥ অঙাং পিশক্ ওইরিঙৈদা কল্লবা ভরতনা উন্গী মতৌগুম্ ঙৌরবা, ময়া খুজিল শাংলবা খৌরবা নোংশাশিংবু, মপাঙ্গল হীকৃথহন্দুনা চিং চিংহুনা শাম্লখি ॥২॥ মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা তম্থিরবা, অকিবগীমশক্ ওইরবা কৈশিংবু ঙম্ব্রনা নম্থুখি । মহাক্না লূম্বা চাউরবা, চা তৈরবা নপ্পবা শৃৎ শৃৎ নানবা নুংপাক নুংহুম কয়া কয়া থাংগত্তুনা লংখাইখি ॥৩॥ থোইদোক্না মপাঙ্গল কল্লবা ভরতনা, অঙাং ওইরিঙৈদা, ময়া হা হা কারবা, মরৈ ক্ ক্ তম্লবা অকিবগীমশক্ কংলবা লিল কয়া কয়াবু পায়খত্তুনা থদত্তুনা শাম্লখি । চাউরবা শাম্ কয়াগী ময়াহু চিংহুনা ফুক্তুনা অহুগা মখোয়গী মথক্ত তোংখত্তুনা মখা পোলহল্লম্মি ॥৪॥ কল্লবা ভরতনা মথক্ত শূক্লবা বনদা চৎখিহুনা মচি শাংলবা কল্লবা ইরোইশিংবু চিংহুনা শাম্লখি ; নাপল্ চাউরবা মঙ্গিল্ লৈরবা নোংশাশিংবু লাক্তুনা চিংহুনা শাম্লখি ॥৫॥ ভরতনা বনদা চঙখিহুনা কল্লবা লম্মোক, শজী, গঙানচিংবা মখোঙ য়াঙলবা কল্লবা শা কয়া কয়া নম্হুনা, নৈহত্তুনা শাম্লগা মথরাই থারম্ থারম্দাইদা হেক্ হেক্ থাদোক্পি ॥৬॥ মাগী মতৌ অসি উবদা ব্রাহ্মণশিংনা মহাক্পু "সর্ব্বদমণ"

সোঽশ্বমেধশতেনেষ্ট্বা যমুনামনু বীর্য্যবান্। ত্রিংশতোঽশ্বান্ সরস্বত্যাং গঙ্গামনু চতুঃশতান্ ॥৮॥
সোঽশ্বমেধসহস্রেণ রাজসূয়শতেন চ। পুনরীজে মহাযজ্ঞৈঃ সমাপ্তবরদক্ষিণৈঃ ॥৯॥
( যুগ্মকম্ )

অগ্নিষ্টোমাতিরাত্রাভ্যামিষ্ট্বা বিশ্বজিতা অপি। বাজপেয়সহস্রাণাং সহস্রৈশ্চ সুসংবৃতৈঃ ॥১০॥
ইষ্ট্বা শাকুন্তলো রাজা তর্পয়িত্বা দ্বিজান্ ধনৈঃ। সহস্রং যত্র পদ্মানাং কণ্বায় ভরতো দদৌ।
জাম্বূনদস্য শুদ্ধস্য কনকস্য মহাযশাঃ ॥১১॥ ( যুগ্মকম্ )
যস্য যূপঃ শতব্যামঃ পরিণাহে চ কাঞ্চনঃ। সমাগম্য দ্বিজৈঃ সার্দ্ধং সেন্দ্রৈর্দেবৈঃ সমুচ্ছ্রিতঃ ॥১২॥
অলঙ্কৃতান্ রাজমানান্ সর্ব্বরত্নৈর্মনোহরৈঃ। হৈরণ্যান্ দ্বিরদানশ্বান্ রথানুষ্ট্রানজাবিকান্ ॥১৩॥
দাসীদাসং ধনং ধান্যং গাঃ সবৎসাঃ পয়স্বিনীঃ। গ্রামান্ গৃহাণি ক্ষেত্রাণি বিবিধাংশ্চ পরিচ্ছদান্ ॥১৪॥
কোটিশশ্চাযুতাংশ্চৈব ব্রাহ্মণেভ্যো হ্যমন্যত। চক্রবর্ত্তী হ্যদীনাত্মা জিতারিরজিতঃ পরৈঃ ॥১৫॥
( বিশেষকম্ )

স চেন্মমার সৃঞ্জয়। চতুর্ভদ্রতরস্ত্বয়া। পুত্রাৎ পুণ্যতরস্তভ্যং মা পুত্রমনুতপ্যথাঃ।

---

হায়না মিংথোনখি। অদুবু, মমা শকুন্তলানদি মহাক্না তৌরিবা থবক অদু থক্ য়ারমদে, খিঙম্মী। অদুগুম্বা হিংসাগী থবক্ অদু তৌগনু হায়না মচা ভরতপু য়ারকখি ॥৭॥ মতুংদা অচৌবা নিংথৌ অম ওইরক্লবদা নিংথৌ ভরতনা যমুনা মপান্দা অশ্বমেধ চাম, সরস্বতী মপান্দা চহুম্, গঙ্গা মপান্দা চামরি তৌখি। অসিগীতুংদা অশ্বমেধ লিশিং অম, অদুগা বাজপেয়নচিংবা অতোপ্ অতোপ্পা যজ্ঞ কয়া কয়াবু দক্ষিণাদান মতীকচানা চানা তৌদুনা পাওথোকখি। অসি নত্তবা মহাযজ্ঞ কয়াসু ভারতনা তৌখি-॥৮-৯॥ শকুন্তলাগী মচা মহা মিংচৎ চাউগ্রবা ভরত নিংথৌনা অগ্নিষ্টোম, অতিরাত্র, বিশ্বজিৎ অদুগা বাজপেয় কৌবা যজ্ঞশিংবু য়ৈথায় থিনগাইব লৈতনা পাওথোকখি। দানদক্ষিণামক্তনা ব্রাহ্মণশিংবু পেনহন্দুনা মহর্ষি কণ্বগী মক্মদা, জম্বুনদীদগী কংবা তাওনবা সনাতনা পুমহৈ ওইনা শাবা থম্বাল্ লিশিং অম কংখি ॥১০—১১॥ ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংনা, ব্রাহ্মণশিংগা তিন্নদুনা, ভরতনিংথৌগী যজ্ঞদা লমচাম শাংবা, সনাতনা পুমহৈ ওইনা শাবা য়ূপ্পী অদু য়ুংখৎখি ॥১২॥ য়েক্রবা ওমগনবা, য়েক্রবনা ওমখিত্রবা অরাব চোকথবা লৈবিদবা, ভরত কৌবা নিংথৌনা, ব্রাহ্মণশিংগী মক্মদা, মণিমুক্তারত্ননা লৈতেংলবা শগোল, শাম্, রথ, উঁট, শল, ঈরোই, হামেং-য়াউ, মীনাইনিপামুপী, কৌ, চেঙ, লম্দু য়ুম্ শম্বী শম্নাউ, য়ুমকৈ অদুগা মথলমথা অয়াম্বা কিজোল্, লৌবুক্ লৌঅসিনচিংবসি মপুক্লীংশংনা দানতৌখি ॥১৩-১৫॥ "খিত্যনন্দন, মহারাজ সৃঞ্জয়! বেদপাঠ, তপস্যাব্রত উপাসনা, যাগযজ্ঞ ধর্ম্ম কর্ম্মদা মহারাজদগী হেনগ্রবা, মহারাজগী নচাইবুগ্তো লৈখিত্রবহুদগীসু হেন্না পুণ্যচেল্লবা অদুগুম্ব ভরতকৌবা নিংথৌ অদু কাওবা নোংগাগ্রবদা, দানদক্ষিণা যাগযজ্ঞ মতীক্ চানা তৌখিত্রিবা নচাইবুগুতোদুগী মিকানরুহনা

অয়ত্মানমদাক্ষিণ্যমভি শৈত্যোত্ত্যুদাহৃতম্ ॥১৬॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণ্যভি-
মন্যুবধে ষোড়শরাজিকে ষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

কাহেন্ন অনুতাপ অমদি বিলাপ তৌবা চুমদে।"—যুধিষ্ঠির। মতৌ অমুম্না নারদনা সঞ্জয় নিংথৌদা খুদম্-পাউতাক্ পীহুনা থেমজিনখিবি ॥১৬॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যুবধগী মনুংদা "ষোড়শরাজিক"গী হুম্ফুশুবা অধ্যায় লোইরে ॥×॥

—

# শ্রীমহাভারতম্

## *একষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ।*

হুম্ফুমাথোইশুবা অধ্যায়

ষোড়শরাজিক ( নিংথৌ তরাতরুক্কী ৱারী মথং )

——:(০):——

নারদ উবাচ।

পৃথুঞ্চ বৈণ্যং রাজানং মৃতং সঞ্জয়। শুশ্রুম। যমভ্যষিঞ্চন্ সাম্রাজ্যে রাজসূয়ে মহর্ষয়ঃ ॥১॥
যত্নতঃ প্রথিতেত্ত্যুচুঃ সর্ব্বানভিভবন্ পৃথুঃ। ক্ষতাস্নস্ত্রাস্ততে সর্ব্বানিত্যেবং ক্ষত্রিয়োঽভবৎ ॥২॥

নারদনা হায়ঃ— মহারাজ সঞ্জয়! বেণ নিংথৌগী মচা নিংথৌ পৃথু হায়রুম্ন নোংগাপ্রে হায়না তায়। রাজসূয় পাওথোক্লবা তুংদা মহার্ষিশিংনা মহাক্পু অভিষেক তৌদুনা সিংহাসনদা থাংগৎখি ॥১॥ মহাক্না য়ায় চোক্শিন্না য়েরুবপুম্ববু ভুম্হুনা জগত্তা মহাবীর হায়না কাওখি। মরম্ অদুনা মী খাইনা মহাকপু পৃথু ( অচৌবা ) হায়না কৌনখি—শঙ্নখি। "মহাক্না ঐখোয় খাইবু অরাব অকিবদগী কন্বিগনি"—অমুম্ হায়না খন্দুনা মহাক্পু খাইনা ক্ষত্রিয়" * অমুম্

টীকা ঃ— অমাঙ্বা খুদোংথীববুম্ন "ক্ষ" কৌই। "ক্ষ" দগী "ত্র" চায়বদি কন্বা হায়বনি। অদুনা অরাব খুদোংথীবদগী কন্বিব মীশক্ অদুবু "ক্ষত্র" কৌই মমুগী বংশদা পোকপবু "ক্ষত্রিয়" কৌই।

পৃথুং বৈণ্যং প্রজা দৃষ্ট্বা রক্তাঃ স্মেতি যদব্রুবন্ । ততো রাজেতি নামাস্য অনুরাগাদজায়ত ॥৩॥
অকৃষ্টপচ্যা পৃথিবী আসীদ্বৈণ্যস্য কামধুক্ । সর্ব্বাঃ কামদুঘা গাবঃ পুটকে পুটকে মধু ॥৪॥
আসন্ হিরণ্ময়া দর্ভাঃ সুখস্পর্শাঃ সুখাবহাঃ । তেষাং চীরাণি সংবীতাঃ প্রজাস্তেষ্বেব শেরতে ॥৫॥
ফলান্যমৃতকল্পানি স্বাদূনি চ মৃদূনি চ । তাসামাসীত্তদাহারো নিরাহারাশ্চ নাভবন্ ॥৬॥
অরোগাঃ সর্ব্বসিদ্ধার্থা মনুষ্যা অকুতোভয়াঃ । ন্যবসন্ত যথাকামং বৃক্ষেষু চ গুহাসু চ ॥৭॥
প্রবিভাগো ন রাষ্ট্রাণাং পুরাণাঞ্চাভবত্তদা । যথাসুখং যথাকামং তথৈব মুদিতাঃ প্রজাঃ ॥৮॥
তস্য সংস্তম্ভিতা হ্যাপঃ সমুদ্রমভিযাস্যতঃ । পর্ব্বতাশ্চ দদুর্মার্গং ধ্বজভঙ্গশ্চ নাভবৎ ॥৯॥
তং বনস্পতয়ঃ শৈলা দেবাসুরনরোরগাঃ । সপ্তর্ষয়ঃ পুণ্যজনা গন্ধর্ব্বাপ্সরসোঽপি চ ॥১০॥

---

হায়নস্থ থোন্‌খি ॥২॥ বেণনিংথৌগী মচা পৃথুদা প্রজাশিংনা হায়খিঃ— মহারাজ। ননাই ঐখোয় মহারাজগী নখা পোঞ্জরি, মহারাজনু য়াম্না নুংশিজরি অদুগা মহারাজগী মঙ্গল ওইবত নিজরি—। মতম্ লৈবা খিবিক্ত প্রজাশিংগী অনুরাগ পোকখি হায়দুনা মহাকপু ময়াম্না "রাজা" হায়দুনা কৌনখি ॥৩॥ পৃথুগী হাক্তক্তা লৌবুক্ অসি ঈখাও খাওদ্রবস্থ মহৈ মরোং য়াম্না থোক্‌হল্লি। লৌবুক্ ইংখোল্ পূম্নমক্ অপাম্ব মহৈ অদু মতীক্ চানা চানা পীরম্মি। যম্বী খুদিংনা খোম্‌য়া চকূ থম্ন-থম্না শঙ্গোম্ পীরম্মি। অচা অথক্ পূম্নমক্কী পাত্রদা অমৃত য়াওরম্মি ॥৪॥ মতম অদুদা হৌবা কুশ পূম্নমক্ সনাগী সনাগক্তনি। কুশশিং অদুগী ম'তাম্না থেংবা শোকপদা হক্‌চাংদা নুংঙাইবা পোক্‌ই। প্রজাশিংনা কুশমথক্ত নাপীমথক্ত অদুম্ হীপ্তুনা অতিং লেল্লি। (মরম্‌দি কুশশিং নাপীশিং অদু য়াম্না মনম নুংশি, থোৎলি) ॥৫॥ মহৈ য়ান্‌বা উপাম্বী পূম্নমক্কী মহৈ অদু য়াম্না হাউই থুম্মি। প্রজাশিংনা মাদুবু চাদুনা মতম লেন্‌বা ওম্মি। অদুনা পৃথুগী মতম্‌দা প্রজা অমতম্ব চানীঙাই লৈতদুনা, চারা হেন্‌বা য়াওদে ॥৬॥ মতম্ অদুগী মীশিংদু লোইনা মশামক্ত কৈ, মশাদা অনা য়েক্ য়াওদে। লৈনিং লৈনিংবা মক্কম্‌দা হায়বদি চীনুং মানুং, লৈকূৎ লৈতোং অমদা, অশূক্‌পা চীক্লবা মক্কম্‌দস্থ নীঙায়বা লৈতনা খুয়াতুশিংনা তুমদুনা হীপ্তুন লৈবা ওম্মি। (মরম্‌দি পৃথুগী মতম্‌দা হুরান্ চীম্থি কনাস্থ লৈরমদে) ॥৭॥ পৃথু নিংথৌগী মতমদা হুরান চীম্থীবা লুট পাৎকী মমিং ক্ষাওবা লৈরম্‌দে)। প্রজা পূম্নমক্ চৎনীঙ্‌বা য়ৌনিংবা মক্কম্‌দা য়ৌবা চৎপা ওম্মি ॥৮॥ পৃথু নিংথৌনা সমুদ্র মপান্দা কোয়থোক্ চথোরক্‌পা মতম্‌দা, সমুদ্রমক্ত কিল্লুনা ঐথক হৌবা লেপ্তুনা তুমিন্না মোং হাদনা লৈখি। নিংথৌনা চীঙ্‌লক্ত চৎপা-লেঙবা মতমদা চীঙ্‌শিং অম্লুনা নিংথৌগী লম্বী তরু তরুনা কাপ্তুনা থম্মি। নিংথৌগী রথগী অম্বারী অমদি কিয়াম্ন উত্তোন রাত্তোন্ মরক্ত শমদুনা লাক্লবস্থ উশারাশা অমতনা রথ অদুগী পীক্লবা শরুক অমতম্ব থ‍্দেক্‌পা পৈহনবা ওম্‌দে ।৯॥ নোংমা, পৃথুনা অচীক্‌পা উমংদা পোথাদুনা লৈরিঙ্গেদা যণগী হৈপাল্ লৈপাল্ চীঙ্ মান তুরেল্ ভূত প্রেত অমদি লাইশিং মক্না মশা মশাগী

পিতরশ্চ সুখাসীনমভিগম্যেদমব্রুবন্। সম্রাড়সি ক্ষত্রিয়োঽসি রাজা গোপ্তা পিতাসি নঃ ॥১১॥
( যুগ্মকম্ )

দেহ্যস্মভ্যং মহারাজ ! প্রভুঃ সন্নীপ্সিতান্ বরান। যৈর্ব্বয়ং শাশ্বতীস্তৃপ্তির্ব্বর্ত্তয়িষ্যামহে সুখম্ ॥১২॥

তথেত্যুক্ত্বা পৃথুর্বৈণ্যো গৃহীত্বাজগবং ধনুঃ। শরাংশ্চাপ্রতিমান্ ঘোরান্ চিন্তয়িত্বাব্রবীন্মহীম্ ॥১৩॥

এহ্যেহি বসুধে ! ক্ষিপ্রং ক্ষরৈভ্যঃ কাঙ্ক্ষিতং পয়ঃ। ততো দাস্যামি ভদ্রং তে অন্নং যস্য যথেপ্সিতম্ ॥১৪॥

বসুধোবাচ।

দুহিতৃত্বেন মাং বীর ! সঙ্কল্পয়িতুমর্হসি। তথেত্যুক্ত্বা পৃথুঃ সর্ব্বং বিধানমকরোদ্বশী।
ততো ভূতনিকায়াস্তে বসুধাং দুদুহুস্তদা ॥১৫॥

তাং বনস্পতয়ঃ পূর্ব্বং সমুত্তস্থুর্দ্দুধুক্ষবঃ। সাতিষ্ঠৎ বৎসলা বৎসং দোগ্ধৃ ন্ পাত্রাণি চেচ্ছতী ॥১৬॥

মূর্ত্তি অমমম্ পুদুনা, অদুগা নোংমদোম্বক্ত লৈবা অপ্সরা, গন্ধর্ব্ব, তাইবং মী, হিংচাবা, লিল্ময়াম্ অমদি পিতৃলোককী মীশিংনা, সপ্তর্ষিনা পৃথুগী নাক্ত চঙ্ডক্তুনা অস্মুম্না হায়রৈঃ— "মহারাজ ! মহারাজদি পৃথ্বাসিগী নিংথৌরেম্মি, ক্ষত্রিয় অশেংবনি, ঐখোয় পুম্নব্ ঙাক্পিবা মপুনি, অদুনা মহারাজদি ঐখোয় পুম্নগী ঈপা শক্লবনি" ॥১০—১১॥

"অদুগা, মহারাজ ! মহারাজদি থোইনস্থ পাজনবনি। অদুনা, ঐখোয়না মহারাজগী প্রজা ওইদুনা নুংঙাইনা সুখশান্তিগা লোয়ননা, পুনশি তোলোইনা মহারাজগী রাজ্যদা লৈননবসি বর পীনবিয়ু" ॥১২॥ রাহৈ অসি তাবদা নিংথৌ পৃথুনা "হৈ, মাদুমক্ ওইরসনু" অস্মুম্না হায়রগা মহাদেবগী লৌরুংগা মান্নবা কল্লবা মাগী লৌরুংঅদু পায়খত্তুনা অকিবগী মশক্ কংলবা তেল্ খর তেন্দোংদগী শংলগা, মাদু তেঞ্জা থোংদুনা পৃথ্বীবু য়েংদুনা হায়রকই—॥১৩॥ পৃথিবী ! পৃথিবী ! নংগী থাক্লৈশেংবা মূর্ত্তিপুদুনা হৌজিকমক্ থুনায়াঙনা চোংথোরকউ। হৌজিক্ লাক্লিবা তিল্লরিবা ময়াম অসিগী নীঙবা পাম্বমথৈ পুথোক্তুনা পীয়ু। নহাক্না পুথোরকপা পোৎ অদু ঐনা লৌরগা মখোয়দা অমুক্ দান তৌগে। মখোয়সিগী মবুক্লীং অমুক্তা পেলহনগে। নহাকীমু মঙ্গল ওইসনু ॥৪॥ মাদু তাবদা মূর্ত্তিনাইরবী পৃথিবীনা হায়ঃ— "নিংথৌ ! অকনবা ! পৃথ্বী কৌবী ঐসি নচানুপীনি হায়না খনবিয়ু।"—মাদু তাবদা "মাদুমক্ ওইরসনু" হায়দুনা পৃথু নিংথৌনা মচানুপী পৃথিবীগী নুংঙাইনবা চাওথংনবা হীরম্ পুম্নমক্ শেমখি। মতম্ অদুদা ভূত পুম্নমক্না পৃথিবীবু শুমদুনা মঙ্গল ওইবা পোশক্ পুম্নমক্ পুথোক্কে হায়না সংকল্প তৌখি ॥১৪॥ অহানবদা উ পুম্নমক্না পৃথিবীবু শুমদোক্কে হায়না খনখি। মতম্ অদুদা শন্বীগী মশক্ ওইরবী পৃথিবীনসু মখোয়শিং অদুবু নুংশিদুনা অহানবদা, শন্নাউগা, অশুবা মীশক্তা, খোমৃয়া-পাত্রগা অদুম্ অসিত রাত্তুনা ভাইদুনা লৈরম্মী ॥১৬॥

বৎসোঽভূৎ পুষ্পিতঃ শালঃ প্লক্ষো দোগ্ধাভবত্তদা। ছিন্নপ্ররোহণং দুগ্ধং পাত্রমৌড়ুম্বরং শুভম্ ॥১৭॥
উদয়ঃ পর্ব্বতো বৎসো মেরুর্দোগ্ধা মহাগিরিঃ। রত্নান্যোষধয়ো দুগ্ধং পাত্রমশ্মময়ং তথা ॥১৮॥
দেবানামভবদ্বৎসঃ পাত্রমিন্দ্রো হিরণ্ময়ম্। দোগ্ধা চ সবিতা দেবো দুগ্ধমূর্জ্জকরং প্রিয়ম্ ॥১৯॥
অসুরা দুদুহুর্মায়ামামপাত্রে তু বৈ তদা। দোগ্ধা দ্বিমূর্দ্ধা তত্রাসীদ্বৎসশ্চাসীদ্বিরোচনঃ ॥২০॥
কৃষিঞ্চ শস্যঞ্চ নরা দুদুহুঃ পৃথিবীতলে। স্বায়ম্ভুবো মনুর্বৎসস্তেষাং দোগ্ধাঽভবৎ পৃথুঃ ॥২১॥
অলাবুপাত্রে চ তথা বিষং দুগ্ধা বসুন্ধরা। ধৃতরাষ্ট্রোঽভবদ্দোগ্ধা তেষাং বৎসস্তু তক্ষকঃ ॥২২॥
সপ্তর্ষিভির্ব্রহ্ম দুগ্ধা ততশ্চাক্লিষ্টকর্ম্মভিঃ। দোগ্ধা বৃহস্পতিঃ পাত্রং ছন্দো বৎসস্তু সোমরাট্ ॥২৩॥
অন্তর্দ্ধানঞ্চামপাত্রে দুগ্ধা পুণ্যজনৈর্বিরাট্। দোগ্ধা বৈশ্রবণস্তেষাং বৎস আসাদ্বৃষধ্বজঃ ॥২৪॥
পুণ্যং গন্ধং পদ্মপাত্রে গন্ধর্ব্বাপ্সরসোঽদুহন্। বৎসশ্চিত্ররথস্তেষাং দোগ্ধা বিশ্বরুচিঃ প্রভুঃ ॥২৫॥

---

মতম্ অতুদা, উশিংগী মনুংদা মনা মপান্ন পুংলবা চীঙ্‌ও পাম্বীনা শন্নাউ ওইরে। খোংনাংবট পাম্বীনা শঙ্গোমগুম্বা মীশক্ ওইরে। মখোয়দগী শিন্থরকপ মহীনা শঙ্গোম ওইরে, মঙ্গলগী মশক্ ওইরবা নৈবোং পাম্বানা খোময়া-পাত্র ওইরে॥১৭॥ অতুগা চীঙ্‌লোমগী অমুক্ হাযকরগা—চীঙগী মনুংদা উদয়পর্ব্বতনা শন্নাউ ওইরে। মহাপর্ব্বত সুমেরুনা অগুম্বা মীশক্ ওইরে। চীঙশিং অতুদা লৈবা মণিমুক্তা রত্ন খিবিক্লা শঙ্গোম ওইরে। চীঙশিং অতুদা লৈরিবা পাকচাওরবা লুংপাক লুংতম শিং অতুনা খোময়াপাত্র ওইরে॥১৮॥ লাইয়াম্‌লোমগী অমুক হাযকরগ ইন্দ্রনা শন্নাউ ওইরে। সূর্য্যদেবনা অগুম্বা মীশক্ ওইবে। তেজ লৈরবা, সোমরসনচি ব, পূন্নমক শঙ্গোম্ ওইবে। সনা লুপানচিংবা ধাতুপূম্বনা খোময়া পাত্র ওইরে॥১৯॥ অসুর (হিংচাবা) শি লোমদগী অমুক্ হাযরুবগা, বিরোচননা শন্নাউ ওইরে। দ্বিমূর্দ্ধা হাযবহুনা শঙ্গোমগুম্বা মীশক ওইরে। মাযানা শঙ্গোম্ ওইরে। মৈয়াক্‌ত্রিব-মুক্রুবা চকুশিং অতুনা খোময়া পাত্র ওইরে॥২০॥

তাইবংমীরোমদগী হায়রুবগা স্বায়ম্ভুমনুনা শন্নাউ ওইরে! পৃথু নিংথৌনা শঙ্গোমগুম্বা থাল ওইরে। কৌউহুনা খোইহুনা থোকপা মহৈমরোংনা শঙ্গোম ওইরে। পৃথিবীসনা শঙ্গোম্-খোমুয়া ওইরে॥২১॥ লিলশিংগী মায়কৈদগী হায়রুবগা, তক্ষকনা শন্নাউ ওইরে, ধৃতরাষ্ট্র কৌবা অচৌব লিল অতুনা শঙ্গোমগুম্বা মীশক্ ওইরে অতুগা হূনা শঙ্গোম্ ওইরে। পাত্রনা খোংক্রুম্মা ওইরে॥২২॥ সপ্তর্ষিগী মনুংদনা, সোমরাজনা শন্নাউ ওই, বৃহস্পতিনা শঙ্গোমগুম্বা ওইরে। বেদনা শঙ্গোম্ ওইরে। ছন্দ ময়াম্না পাত্র ওই॥২৩॥ হিংচাবশিংগী মনুংদা হায়রগা বৃষধ্বজ কৌবা রাক্ষসনা শন্নাউ ওইরে অতুগা যক্ষগী নিংথৌ কুবেরনা শঙ্গোমগুম্বা মীশক্ ওইরে। অন্তর্ধান কৌবহুনা শঙ্গোম্ ওইরে। মুনুদবা মৈ ঈক্তিবা চকুনা শঙ্গোম্ খোময়া ওইখি॥২৪॥ গন্ধর্ব্ব অপ্সরাশিংগী মনুংদা চিত্ররথনা শন্নাউ ওইরে। গন্ধর্ব্ব নিংথৌ বিশ্বরুচিনা শঙ্গোমগুম্বা থাল

স্বধাং রজতপাত্রেষু দুদুহু: পিতরশ্চ তাম্। বৎসো বৈবস্বতস্তেষাং যমো দোগ্ধান্তকস্তথা ।২৬।
এবং নিকায়ৈস্তৈর্দুগ্ধা পয়োঽভীষ্টানি সা বিরাট্। যৈর্বর্ত্তয়ন্তি তে হ্যত্র পাত্রৈর্বৎসৈশ্চ নিত্যশ: ।২৭।
স যজ্ঞৈর্বিবিধৈরিষ্ট্বা পৃথুর্বৈণ্য: প্রতাপবান্। সন্তর্পয়িত্বা ভূতানি সর্ব্বৈ: কামৈর্মন:প্রিয়ৈ: ।২৮।
হৈরণ্যানকরোদ্রাজা যে কেচিৎ পার্থিবা ভুবি। তান্ ব্রাহ্মণেভ্য: প্রায়চ্ছদশ্বমেধে মহামখে ।২৯।
( যুগ্মকম্ )

ষষ্টিং নাগসহস্রাণি ষষ্টিং নাগশতানি চ। সৌবর্ণানকরোদ্রাজা ব্রাহ্মণেভ্যশ্চ তান্ দদৌ ।৩০।
হৈমাঞ্চ পৃথিবীং সর্ব্বাং মণিরত্নবিভূষিতাম্। সৌবর্ণীমকরোদ্রাজা ব্রাহ্মণেভ্যশ্চ তাং দদৌ ।৩১।
স চেন্মমার স্বঞ্জয় ! চতুর্ভদ্রতরস্ত্বয়া। পুত্রাৎ পুণ্যতরস্তুভ্যং মা পুত্রমনুতপ্যথা: ।
অযজ্বানমদাক্ষিণ্যমভি শ্বৈত্যেত্যুদাহবৎ ।৩২।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণ্যভিমন্যুবধে ষোড়শরাজিকে একষষ্টিতমোঽধ্যায়: ।০। *

---

ওইরে, অদুগা থম্বালমনা (থম্না) না শঙ্গোম্ খোময়া পাত্র ওই ॥২৫॥ পিতৃলোকশিংগী মনুংদা হায়রুরগা, বৈবস্বত যমনা শন্নাউঁ ওই। জীবশিংবু লৌশিন্‌বা অন্তকযম হায়বহুনা শঙ্গোম্‌শুম্বা ওই। স্বধানা হায়বদি শ্রাদ্ধগী অন্ন অহুনা শঙ্গোম ওই। পাত্রনা লুপা কৌবা ধাতুনা ওই ॥২৬॥ মতৌ অসুম্না, হায়রিবা ভূত (পোশকা) পুম্নমক্ অসিনা শম্বীগী মশক্ ওইরবী পৃথিবীদগী শঙ্গোমগী মশক্ ওইনা মাগী মাগী অপাম্বশিং অদু শুম্‌হুনা লৌখি। হৌজিক্ কাওবা মখোয়সিনা পাত্রশিং অমদি শঙ্গোম্‌শিং অদুনা মখোয়গী জীবিকা ওইহুনা লৈরি ॥২৭॥ খুকল্ পাজল্লবা, বেণগী মচা পৃথুনা পোৎ মখল্ মখল অসি পুথোক্লুনা, অপাম্বা পোৎশিং অসিনা জীবপুম্ববু পেলহন্দুনা, পৃথিবীদগী ফংবা পোৎ পুম্নমক্ অহুনা সনাগী মশক্ ওইরবী পৃথিবীগী মূর্ত্তি অম ওইখি। পুম্নমক অসি, পৃথুনা অশ্বমেধ যজ্ঞদা ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌখি ॥২৮—২৯॥ মতুংদা পৃথুনা সনাতনা শাব শামু লিশিংহুস্ক, শাখি। মাদু পুম্নমক্ অদুসু ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌখি ॥৩০॥ অদুদগী অমুক্ মহাক্না পৃথিবীসিমক্কী মূর্ত্তি অসি সনানা শারগা মাত্রবু মণি মুক্তা ময়াম্না লৈতেংলগা ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌখি ॥৩০॥ "শ্বিত্যনন্দন, নিংথৌ স্বঞ্জয়! মহারাজদগী হেন্না বেদপাঠ দান তপস্যা যজ্ঞ তৌগ্রবা অদুগা মহারাজগী নচা ঈবুঙো লৈখিদ্রবদুদগীসু হেন্না পূণ্য চেন্নবা পৃথুগুম্বা নিংথৌমরুসু নোংগাথ্রবদা, যজ্ঞদান মতীক্ চানা তৌখিদ্রিবা নচাঈবুঙোদুগী মিকানরুহুনা মাগীদমক্ কা হেন্না অনুতাপ তৌবা, বিলাপ তৌবসি চুম্‌দে।" —যুধিষ্ঠির! অস্নুম হায়না নারদনা স্বঞ্জয়দা পাউতাক্ খুদম্ পীহুনা মহাকপু থেম্‌জিন্‌খি ॥৩২॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা, অভিমন্যুবধগী মনুংদা "ষোড়শরাজিক"গী হুস্ক্‌মাথোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

# শ্রীমহাভারতম্

## দ্বিষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ

### হুম্ফু নিথোইশুবা অধ্যায়

( ষোড়শরাজিক নিংথৌ তরাতরুক্কী বারী )

—:(০):—

নারদ উবাচ ।

রামো মহাতপাঃ শূরো বীরলোকনমস্কৃতঃ । জামদগ্ন্যোঽপ্যতিযশা অবিতৃপ্তো মরিষ্যতি ॥১॥
যঃ সায়মনুপর্য্যেতি ভূমিং কুর্ব্বন্নিমাং সুখাম্ । ন চাসীদ্বিক্রিয়া যস্য প্রাপ্য শ্রিয়মনুত্তমাম্ ॥২॥
যঃ ক্ষত্রিয়ৈঃ পরামৃষ্টে বৎসে পিতরি চাব্রুবন্ । ততোঽবধীৎ কার্ত্তবীর্য্যমজিতং সমরে পরৈঃ ॥৩॥
ক্ষত্রিয়াণাং চতুঃষষ্টিমযুতানি সহস্রশঃ । তদা মৃত্যোঃ সমেতানি একৈকং ধনুষাজয়ৎ ॥৪॥
ব্রহ্মদ্বিষাঞ্চাথ তস্মিন্ সহস্রাণি চতুর্দ্দশ । পুনরন্যানি জগ্রাহ দন্তকুরং জঘান সঃ ॥৫॥
সহস্রং মুষলেনাহন্ সহস্রমসিনাবধীৎ । উদ্বন্ধনাৎ সহস্রঞ্চ সহস্রমুদকে ধৃতম্ ॥৬॥
সবথাশ্বগজা বীরা নিহতাস্তত্র শেরতে । পিতুর্বধামর্ষিতেন জামদগ্ন্যেন ধীমতা ॥৭॥

নারদনা হায় ঃ— তপস্যাকল্লবা, কল্লবা, অকনবা পুন্নমক্না খুরুম্নরবা জমদগ্নিগী মচা রাম (পরশুরাম) সু চপচানা পুনশি মপুংফাদনা নোগাখিগনি ॥১॥ মহাক্না লমদম্ অসিবু মুংঙাইহন্দুনা মঙ্গলগী মশক্ ওইহন্দুনা সন্ধ্যাগী মতমদা মাগী আশ্রমদা হেক্ হেক্ লাকই । ঐশ্বর্য্য সম্পত্তি লথা অমগী মপু ওইরবসু মাঙ্গনা মহাক্কী ধ্যান তপস্যা ব্রহ্মচর্য্যবু থক্ কায়হনবা ঙমদে ॥২॥ কার্ত্তবীর্য্যার্জ্জুনগী লান্মীশিংনা জমদগ্নিগী শম্বীবু মুন্দুনা নমহুনা পুত্রবদা অহুগা মপা জমদগ্নিবু হাৎপ্রবদা রামনা কনাসু কনাসু অমত হংলমদনা, লান্দ কনা অমতনা মায়থীবা পীব ঙমদ্রবা কার্ত্তবীর্য্যার্জ্জুনবু লান্দা মথন্তনা হাৎখি ॥৩॥ ক্ষত্রিয় নিংথৌ লথা তরুক্ লিশিং নিফুবু, মথন্তনা, লীরুং অমতনা খুৎলায় ওইদুনা হাৎখি । অসি নত্তবা ক্ষত্রিয় লিশিং লিশিংবু অমমম্ত ওইনা লীরুং তেলগী পাম্বৈতনা হাৎখি ॥৪॥ অহুগী তুংদা মহাক্না বেদবু নিন্দা তৌবা নাস্তিক ওইবা মী লিশিং তরামন্নিবু মথা পোলহন্দুনা দন্তকুর দেশগী নিংথৌবুসু হাৎখি ॥৫॥ অহুগী তুংদা পরশুরামনা অকনবা য়েক্নবশিং অমবু য়োঙ্গুক্না, লিশিং অমবুনা থাঙশাঙনা লাম্-লামহুনা য়ান্দুনা হাৎখি । লিশিং অমবু থৌরী য়ালহন্দুনা, লিশিং অমবুনা ঈশিংদা থাদহুনা মথরাই লৌখি ॥৬॥ মপা হাৎখিবগী থোইনা শাউরবা পরশুরামনা শগোল শাম্ রথগা লোয়নননা অকনবা ক্ষত্রিয়শিং লিশিং লিশিংবু

নিজঘ্নে দশ সাহস্রান্ রামঃ পরশুনা তদা । নহ্যমৃষ্যত তা বাচো যাস্তৈর্ভৃশমুদীরিতাঃ ॥৮॥
ভৃগো ! রামাভিধাবেতি যদাক্রন্দন্ দ্বিজোত্তমাঃ । ততঃ কাশ্মীরদরদান্ কুন্তিক্ষুদ্রকমালবান্ ॥৯॥
অঙ্গবঙ্গকলিঙ্গাংশ্চ বিদেহাংস্তাম্রলিপ্তকান্ । রক্ষোবাহান্ বীতিহোত্রান্ ত্রিগর্ত্তান্ মার্ত্তিকাবতান্ ॥১০॥
শিবীনন্যাংশ্চ রাজন্যান্ দেশাদ্দেশাৎ সহস্রশঃ । নিজঘান শিতৈর্বাণৈর্জামদগ্ন্যঃ প্রতাপবান্ ॥১১॥
(বিশেষকম্)

কোটীশতসহস্রাণি ক্ষত্রিয়াণাং সহস্রশঃ । ইন্দ্রগোপকবর্ণস্য বন্ধুজীবনিভস্য চ ॥১২॥
রুধিরস্য পরীবাহৈঃ পূরয়িত্বা সরাংসি চ । সর্বানষ্টাদশদ্বীপান্ বশমানীয় ভার্গবঃ ॥১৩॥
ঈজে ক্রতুশতৈঃ পুণ্যৈঃ সমাপ্তবরদক্ষিণৈঃ । বেদীমষ্টনলোৎসেধাং সৌবর্ণাং বিধিনির্ম্মিতাম্ ॥১৪॥
সর্বরত্নশতৈঃ পূর্ণাং পতাকাশতমালিনীম্ । গ্রাম্যারণ্যৈঃ পশুগণৈঃ সংপূর্ণাঞ্চ মহীমিমাম্ ॥১৫॥
ততঃ শতসহস্রাণি গজেন্দ্রান্ হেমভূষিতান্ । রামস্য জামদগ্ন্যস্য প্রতিজগ্রাহ কশ্যপঃ ॥১৬॥
(কুলকম্)

নির্দস্যুং পৃথিবীং কৃত্বা শিষ্টেষ্টজনসঙ্কুলাম্ । কশ্যপায় দদৌ রামো হয়মেধে মহামখে ॥১৭॥
ত্রিঃসপ্তকৃত্বঃ পৃথিবীং কৃত্বা নিঃক্ষত্রিয়াং প্রভুঃ । ইষ্ট্বা ক্রতুশতৈর্বীরো ব্রাহ্মণেভ্যো হ্যমন্যত ॥১৮॥

— — — — — — — —

হাত্তুনা লালকম্ লৈমাযথক্তা তুহন্খি ॥৭॥ মতুংদা অমুক্, অকন্বা ক্ষত্রিয় লিশিং তরানা পুল্লপ্পা নাপপ্ তৌহুনা পরশুরামগা শীঙ্নখিবদগী অমুক্তদা মখোয়বু রামনা পুল্লপ্পা হাংখি ॥৮॥ "ভৃগুনন্দন ! রাম ! অসোম্‌দ অমুক্তা চেল্‌শিন্‌বিরকউ !" অসুম্ হায়না ক্ষত্রিযশিংনা অরাবা পীরবা ব্রাহ্মণশিংনা যায় রানা কৌরকপা মায়কৈ অমদি দেশ-দেশ অদোম্‌দা চেন্‌শিন্‌খিহুনা রামনা, থোর থোরবা তেম্না কাশ্মীর, দরদ, কুন্তি, ক্ষুদ্রক, মালব, অঙ্গ, বঙ্গ, কলিঙ্গ, বিদেহ, তাম্রলিপ্ত, রক্ষোবাহ, বীতিহোত্র, ত্রিগর্ত্ত, মার্ত্তিকাবত, শিবিদেশ মখোয় অসিদা লৈরিবা ক্ষত্রিয়শিংবু অহুগা অসি নত্তব অতোপ অতোপ্প দেশদা লৈবা ক্ষত্রিযশিংবু লিশিং লিশিংনা খুজিং ওইহুনা হাংখি ॥৯-১১॥ মতুংদা অমুক্ পরশুরামনা ক্ষত্রিয কয়ামুকপুম্ অমুক্ মাঙহন্খি । মকাক্লী, ইন্দ্রগোপ কোবা তীলগী অমদি বন্ধুজীব কোবা লৈগী মচুগুম ঙাঙলবা ঈ তনা থল্লবা পুখ্রী কয়া, কোম্ কয়াবু থোক্‌হন্দুনা দ্বীপ তরানিপালবু মখা পোলহন্দুনা, দক্ষিণদান মরাং কায়না তৌরবা কয়া পাঙথোক্‌খিং যজ্ঞ অহুদা নিংথিনা শাগ্রবা রত্নখিবিক্লং থল্লবা, ফিরাল্ মথল্ মথম্না তিল্লব, লম্‌মাপলম্নাংবা সনাগী বেদীবু, শাহুনা থল্লবী পৃথিবী অসিবু অহুগা সনালুপানা লতেংলবা শামু লখা লখাবু পরশুরামগী মকম্‌দগী কশ্যপনা ফংখি ॥১২—১৬॥ পরশুরামনা হুরান্‌বা ডাকু অমত লৈত্রবী, অশ্বমেধ যজ্ঞগী মতুংদা লৈতৌরবা মরম্‌চৎ কজয়বা মীশিংতনা থল্লবী পৃথিবীসিবু পরশুরামনা কশ্যপতা দান তৌখি ॥১৭॥ মতীক মঙ্গল চাউরবা, মহাবীর পরশুরামনা পৃথিবীসিবু কুম্মাথোইরক্ হুম্না ক্ষত্রিয় লৈত্রবী হায়যঙ্গ ওইহন্দুনা, যজ্ঞ কয়া তৌহুনা পৃথিবী অসি ক্ষত্রিয়শিংগী নত্তে, ব্রাহ্মণশিংগীনি হায়না লৌখি—য়াখি ॥১৮॥ মরীচিগী মচা কশ্যপনা

সপ্তদ্বীপাং বসুমতীং মারীচোঽগৃহ্নত দ্বিজঃ। রামং প্রোবাচ নির্গচ্ছ বসুধাতো মমাজ্ঞয়া ॥১৯॥
স কশ্যপস্য বচনাৎ প্রোৎসার্য্য সরিতাং পতিম্। ইষুপাতে যুধাং শ্রেষ্ঠঃ কুর্ব্বন্ ব্রাহ্মণশাসনম্।
অধ্যাবসদ্গিরিশ্রেষ্ঠং মহেন্দ্রং পর্ব্বতোত্তমম্ ॥২০॥
এবং গুণশতৈর্যুক্তো ভৃগূণাং কীর্ত্তিবর্দ্ধনঃ। জামদগ্ন্যোঽপ্যতিযশা মরিষ্যতি মহাদ্যুতিঃ ॥২১॥
ত্বয়া চতুর্ভদ্রতরঃ পুত্রাৎ পুণ্যতরস্তব। অযজ্বানমদাক্ষিণ্যং মা পুত্রমনুতপ্যথাঃ ॥২২॥
( যুগ্মকম্ )
এতে চতুর্ভদ্রতরাস্ত্বয়া ভদ্রশতাধিকাঃ। মৃতা নরবরশ্রেষ্ঠা মরিষ্যন্তি চ সৃঞ্জয়! ॥২৩॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণ্যভি-
মন্যুবধে ষোড়শরাজিকে দ্বিষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

রামগী মকমন্দগী দ্বীপ তরেৎন মপুং কারবী পৃথিবী অসিবু লৌরগা—"রাম। নহাক ঐগী য়াথং মতুং ইল্লা ঐগী পৃথিবী অসিদগী রাংমদা চৎখো।"—অসুম্ হায়না য়াথং পীখি ॥১৯॥ মতম্ কুইনা ব্রাহ্মণশিংগী য়াথং ভাকখিবা, লালহৈবগী অথোইবা পরশুরামনা কশ্যপকী য়াথং মতুং ইল্লা, যোগসাধনগী শক্তিতনা সমুদ্রবু, মহাক্না কাপখিবা তেল অমনা য়ৌখিবা লম্ অদু কাওবা শন্দোক্হন্খিহুনা, তপস্যা তৌননবগী অথোইবা মকম্ ওইবা মহেন্দ্র পর্ব্বততা তপস্যা তৌদুনা লৈখি ॥২০॥ "মহারাজ সৃঞ্জয়! অসুম্না গুণ পুম্বনা তিল্লবা, ভৃগু শাগৈবু পুখৎখিবা ভৃগুশাগৈগী মিংচৎ হেলহন্খিবা, মিংচৎ চাউরবা, তেজবীর্য্য লৈরবা, অদুগা মহারাজদগীসু হেন্না বেদপাঠ দান তপস্যা যজ্ঞ তৌরবা অদুগা মহারাজগী নচাঈবুঙো লৈখিদ্রিবদুদগীসু হেন্না পুণ্য চেন্নবা পরশুরামমকসু নোংগাখ্রবদা, যজ্ঞদান মতীক্ চানা তৌখিদ্রিবা নচাঈবুঙোদুগী মিকানদুনা থোইনা অনুতাপ অমদি বিলাপ তৌবিগনু"—॥২১—২২॥ "সৃঞ্জয়! মহারাজ! নিংথৌ নঙোন্দগী হেন্না দান তপস্যা যজ্ঞ অমদি অকনবগী থবক্ তৌরবা অচৌ অচৌবা নিংথৌ কয়া কয়ানা পৃথিবী অসিদগী লৈতুম অমত পুদনা চৎনখিদ্রবনি। মতুংদসু, লৈরিবশিংসে লোইনা চৎনগদব মক্তনি।" ॥২৩॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যু বধগী মনুংদা ষোড়শরাজিকগী হুন্ফূনিথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥×॥

# শ্রীমহাভারতম্

## ত্রিষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ।

### তরুক্ তরুমদোইশুবা অধ্যায়ঃ।

( যুধিষ্ঠিরগী অরাবা-কোক্হনবা মতাং )

—ঃ(০)ঃ—

### ব্যাস উবাচ।

পুণ্যমাখ্যানমায়ুষ্যং শ্রুত্বা ষোড়শরাজিকম্। অব্যাহরন্ নরপতিস্তূষ্ণীমাসীৎ স সৃঞ্জয়ঃ ॥১॥
তমব্রবীত্তথাসীনং নারদো ভগবানৃষিঃ। শ্রুতং কীর্ত্তয়তো মহ্যং গৃহীতং তে মহাদ্যুতে।॥২॥
আহোস্বিদন্ততো নষ্টং শ্রাদ্ধং শূদ্রাপতাবিব। স এবমুক্তঃ প্রত্যাহ সৃঞ্জয়ঃ প্রাঞ্জলিস্তদা ॥৩॥
পুত্রশোকাপহং শ্রুত্বা ধন্যমাখ্যানমুত্তমম্। রাজর্ষীণাং পুরাণানাং যজ্বনাং দক্ষিণাবতাম্।
বিস্ময়েন হৃতে শোকে তমসীবার্কতেজসা। বিপাপ্মাস্ম্যব্যথোপেতো ব্রূহি কিং করবাণ্যহম্ ॥৫॥
( যুগ্মকম্ )

### নারদ উবাচ

দিষ্ট্যাপহৃতশোকস্ত্বং বৃণীষ্বেহ যদিচ্ছসি। তত্তৎ প্রপৎস্যসে সর্ব্বং ন মৃষাবাদিনো বয়ম্ ॥৬॥

---

বেদব্যাসনা হায় ঃ—যুধিষ্ঠির! নারদ মুনিগী মচীন্দগী, পুণ্যচেন্নবা, তাবদা পুনশি শাংননবগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ তরাতরুক্কী রারী অসি তাবদা সৃঞ্জয় কোবা নিংথৌ অসি রামচেৎ অমত ঙাঙদনা তুমিন্ন লৈখি ॥১॥ মতম্ অদুদা নারদনা সৃঞ্জয় নিংথোদা হায়রম্মি—তেজ লৈরবা নিংথৌ! ঐদি হায়গদবমখৈ হায়রে, মহারাজনসু তাগদবমখৈ তাবিরে; ঐনা লীজ-খ্রিবশিংদু মুম্না লৌবিরেদনা? নত্রগা শূদ্রনীঙেঙালগী মপুরোয়রবা ওইবা ব্রাহ্মণদা কৎপা দান দক্ষিণা শ্রাদ্ধপুম্বা কান্নদবা-মহৈনৈতবদুগুম্না ঐনা হায়খ্রিব পুম্বসি মহারাজদা কন্নিমত কান্নত্রবরা?" নারদনা অসুম হায়রবদা সৃঞ্জয়না খুৎ লোম্নহনা নারদদা হায়খি ঃ—দেবর্ষি! যজ্ঞদানবু মগীং লাকঙমদনা তৌপ্রব কুইরবা নিংথৌশিংগী রারীশিংসি তাবদা, সুমিৎ মঙান্ন অমম্ববু মাঙহন্বদু-গুম্না মুনিগী মকমদগী তাজবা রারীশিং অসিনা ঐগী থম্মোয়গী অরাবা মৈচাক্ কোকহল্লে। ঐ ঈশাদা পাপ লৈতবা হায়বদু ওইরে, অরাব মৈচাক পুম্ব কোক্ত্রে। ঐ হৌজিক্ কন্নি তৌগদগে তাকপিয়ু॥৪—৫॥ নারদনা হায় ঃ—নিংথৌ! থম্মোয়গী অরাব মৈচাক্ পুম্ব লৈত্রে হায়বদু য়াম্ন লাইবক কব রানি। হৌজিক্তি মহারাজনা পাম্ব বর অদু ঐতোন্দগী কংখিয়ু। মাসি মীনম্বা রা নত্তে, ঐখোয়দি মীনম্বা ঙাওদে। পাম্বিব পুম্ব কংবিগনি ॥৬॥ নারদগী য়াসি

স্বঞ্জয় উবাচ ।

এতেনৈব প্রতীতোঽহং প্রসন্নো যদ্ভবান্ মম । প্রসন্নো যস্য ভগবান্ ন তস্যাস্তীহ দুর্লভম্ ॥৭॥

নারদ উবাচ ।

পুনর্দদামি তে পুত্রং দস্যুভির্নিহতং বৃথা । উদ্ধৃত্য নরকাৎ কষ্টাৎ পশুমপ্রোক্ষিতং যথা ॥৮॥

ব্যাস উবাচ ।

প্রাদুরাসীত্ততঃ পুত্রঃ সৃঞ্জয়স্যাদ্ভুতপ্রভঃ । প্রসন্নেনর্ষিণা দত্তঃ কুবেরতনয়োপমঃ ॥৯॥

ততঃ সঙ্গম্য পুত্রেন প্রীতিমানভবন্নৃপঃ । ঈজে চ ক্রতুভিঃ পুণ্যৈঃ সমাপ্তবরদক্ষিণৈঃ ॥১০॥

অকৃতার্থশ্চ ভীতশ্চ ন চ সান্নাহিকো হতঃ । অযজ্বা ত্বনপত্যশ্চ ততোঽসৌ জীবিতঃ পুনঃ ॥১১॥

শূরো বীরঃ কৃতার্থশ্চ প্রতাপ্যারীন্ সহস্রশঃ । অভিমন্যুর্গতঃ স্বর্গং সংগ্রামেঽভিমুখাহতঃ ॥১২॥

ব্রহ্মচর্য্যেণ যাল্লোঁকান্ প্রজ্ঞয়া চ শ্রুতেন চ । স্বিষ্টৈশ্চ ক্রতুভির্যান্তি তাংস্তে পুত্রোঽক্ষয়ান্ গতঃ ॥১৩॥

বিদ্বাংসঃ কর্ম্মভিঃ পুণ্যৈঃ স্বর্গমীহন্তি নিত্যশঃ । ন তু স্বর্গাদয়ং লোকঃ কাম্যতেস্ব র্গবাসিভিঃ ॥১৪॥

---

তাবদা স্বঞ্জয়না হায়ঃ—মুনিদেবনা পেন্‌বিবসিনা ঐ ঈগুংত নুংঙাইজরে। মরম্‌দি মুনিদেবনা পেনবি-নুংশিবিরবা মহাক অদুগী ভগবান কংলোইদোবা পোৎ করিমত লৈতে ॥৭॥ নারদনা হায়ঃ—নিংথৌ। মন্ত্রশোন্দ্রিবা, অভিষেক তৌদ্রিবা যজ্ঞগী শাবু হাৎখিবগুম্না হুরানবশিংনা হাত্তুনা শিপ্রবা, নরককী অরাবা থাওদুনা লৈপ্রবা নচা ঈবুঙোহুবু অমুক ঐ পীরগে ॥৮॥ ব্যাসনা যুধিষ্ঠিরদা হায়খিঃ—মহারাজ। যুধিষ্ঠির। অদুগী তুংদা নারদনা পেনপ্রদুনা, কুবেরগী মচাগুম্ মশেক্ মঙাল্ চাউরবা স্বঞ্জয়গী মচা সুবর্ণষ্ঠীবী কৌবহু অমুক হন্না পুথোক্‌তুনা পীখি। নিংথৌ অসি মপা নিংথৌগী মনাক্ত থঙহৌদনা কাওরক্লে ॥৯॥ অদুগী তুংদা স্বঞ্জয় নিংথৌ অসি মচাগা অমুক তিন্নদুনা য়াম্না নুংঙাইনা মতম্ লেনখি। দানদক্ষিণা য়াম্না কৎপা যজ্ঞ মথল্ মথল্ কয়া তৌখি ॥১০॥

স্বঞ্জয়গী মচা অদো অঙাং ওইবনা পুনশিগী তৌগদবা মথৌ অমতম্ভ তৌখিদ্রিবনি, হুরানবশিংগী মখুত্তা অকিবা মিপাইবা কংপ্রবনি। লালগীদমক শেমশাদ্রিঙৈদা মচামশু পোক্লদ্রিঙৈদা শিখিবনি। অদুনা অমুক্ হিংগৎখিবনি ॥১১॥ অদুগা যুধিষ্ঠির। অর্জ্জুননা পোকচবা নচানিপা অকনবা অভিমন্যু অদুদি, ভার্য্যাগী গর্ভদা মচ, থনম্‌দুনা, য়েক্লবা মহারথী কয়া কয়াবু মশীং নাইদনা মায়থীবা পীরমদুনা নিপাগী থৌদাং অরোইবা উৎলম্‌দুনা, পুনশিগী মহৈ য়ান্‌বা কংলপা, মথৌ লোইরদুনা নোংপাপ্রবনি ॥১২॥ ধর্ম্মচেনবশিংনা, ব্রহ্মচার্য্য কায়দনা, তত্ত্বজ্ঞানী ওইবা, শাস্ত্রজ্ঞানী ওইবা অমদি যজ্ঞ তৌবা মীশিংনা চৎপ্রিবা অদুগুম্বা পুণ্যচেন্নবা মফম্‌দা পাণ্ডব নখোয়গী নচা অভিমন্যু হায়বদুসু চৎপ্রবনি ॥১৩॥ বিদ্যা লৈবা মীশিংনা পুণ্যকর্ম্মনা পাম্বৈ ওইদুনা স্বর্গ কংনবা হোৎনৈ। অদুগা স্বর্গদা লৈপ্রবশিংদুনদি স্বর্গবু থাদোক্তুনা মর্ত্যদা

তস্মাৎ স্বর্গগতং পুত্রমর্জ্জুনস্য হতং রণে। নেহ চানয়িতুং শক্যং কিঞ্চিদপ্রাপ্যমীহিতম্ ॥১৫॥
যাং যোগিনো ধ্যানবিবিক্তদর্শনাঃ প্রযান্তি যাঞ্চোত্তমযাগযাজিনঃ।
তপোভিরিদ্ধৈরনুযান্তি যাং তথা তামক্ষয়াং তে তনয়ো গতো গতিম্ ॥১৬॥
অন্তাৎ পুনর্ভাবগতো বিরাজতে রাজেব বীরো হ্যমৃতাত্মরশ্মিভিঃ।
তামৈন্দবীমাত্মতনুং দ্বিজোচিতাং গতোঽভিমন্যুর্ন স শোকমর্হতি ॥১৭॥
এবং জ্ঞাত্বা স্থিরো ভূত্বা জহ্যরীন্ ধৈর্য্যমাপ্নুহি। জীবন্ হি পুরুষঃ শোচ্যো ন তু স্বর্গগতোঽনঘ। ॥১৮॥
শোচতো হি মহারাজ। অঘমেবাভিবর্দ্ধতে। তস্মাচ্ছোকং পরিত্যজ্য শ্রেয়সে প্রযতেদ্বুধঃ ॥১৯॥
প্রহর্ষং প্রীতিমানন্দং প্রিয়মুৎসিক্তচিত্ততাম্। এতদাহুর্বুধাঃ শৌচমশৌচং শোক উচ্যতে ॥২০॥
এবং বিদ্বন্ সমুত্তিষ্ঠ প্রযতো ভব মা শুচঃ। শ্রুতস্তে সম্ভবো মৃত্যোস্তপাংস্যনুপমানি চ ॥২১॥

---

অমুক্ লাক্নিংত্রে ॥১৪॥ অদুনা লান্দা হৌনবী মথৌ পাণ্ডথোক্লমদুনা স্বর্গ কাপ্রবা অভিমন্যু অদু মর্ত্ত্যলোক অসিদা অমুক পুরক্পা য়াররোই। অদুনা যুধিষ্ঠির! হৌজিক্তি লৈখিত্রবা অভিমন্যু অদুগা উনবা অমদি মহাক্না পাম্বে ওইদুনা অমুক থবক মথা অম পায়্থবা হায়বসি ওইখোক্তবনি ॥১৫॥ ধ্যানতনা অশেংবা জ্ঞানবু কংলব, যোগীশিংনা, অকঅকবা অচৌবা যজ্ঞ তৌবশিংনা, তপস্যাদা পূকীং চঙবা মীশিংনা, কংনখিবা পুণ্যচেল্লবা অমাঙ অতা লৈত্রবা লোক অদুদা নচানিপা অভিমন্যুস্ম চংপ্রবনি ॥১৬॥ অকন্‌বা অভিমন্যু হায়বদো লান্দা মথরাই হেক থাবগা স্বর্গদা অমুক পোকপ্রবনি। ক্ষত্রিয় মচা অমনা কংবদা মতীক্ চারবা, মশাগী চন্দ্রদেবগী মচা ওইবগী হকচা অদু ফংদুনা, অমৃতগী মশক্ ওইরবা মশাগী তেজ্‌না থামক্কা মান্নানা নোংমদোম্বক্কা ঙাম্বোই-না লৈপ্রবনি। অদুনা মাগীদমক্তা খোইনা রাক্নম্ থোকত্রে ॥১৭॥ পাপ য়াওদ্রবা যুধিষ্ঠির! তপথৌ, ঐনা হায়রিবসিদা মুন্না বিচার তৌদুনা অমুক লালু শোক্লনবা তৌ, য়েক্লবা হাৎননবা থৌরাং তৌ মশাদা লায়না লৈরবা, অরাবা খুদোংথীবদা তারবা, হিংদুনা লৈরিবা মীশিংগীদমক্তি রাবিকম্ থোকই। ঐখোয় নংখোয়দগী হেন্না স্বর্গদা ঈনুংমুংঙাইনা লৈখোক্প্রবশিংদুগী ঐখোয়না রাবিকম্ থোক্তে ॥১৮॥ মহারাজ! থম্মোয়শোক্লা রাবা হায়বসিদগী হকচাংগী অমদি পূক্নীংগী লায়না মখল্ মখল্ অসি অমুমুমম্ হেন্‌গৎলকই। মরম্ অদুনা অশিংবশিংনা অরাব-লাণ্ডক্লবা পূম্নমক্ থাদোক্তুনা লেমহোৎরিবা পূনশিগী শরুক্তা মশাগী মঙ্গল ওইননবগী থবক্ অদুত তৌদুনা লৈহোই ॥১৯॥ মুংঙাইখোক্পা, ঈপেন্ত পেন্দুনা লৈবা, জীব পূম্ববু মুংশিবা, মশাগী মান ঙাক্তুনা লৈবা, হায়রিবপূম্বসিবু পণ্ডিতশিংনা "অশেংবা" হায়বদু অসিনি হায়নৈ ॥২০॥

যুধিষ্ঠির! অস্মা খন্দুনা নপূক্নীং থৌগৎলু। নবুক্‌চেল্ কাজিন্ন, রাক্নু; নহাক্ন ঐভোন্দগী অশিবা (মৃত্যু) হায়বদুগী হৌরককম্ অদুগা অপস্যাগী শক্তিনা ওয়সি কদায় কাওবা ওবা,

সর্বভূতসমক্ষঞ্চ চঞ্চলাশ্চ বিভূতয়ঃ । স্বঞ্জয়স্য শ্রুতঃ পুত্রো মৃতঃ সঞ্জীবিতঃ পুনঃ ।২২।
এবং বিদ্বন্ মহারাজ । মা শুচস্বং অজাম্যহম্ । এতাবদুক্ত্বা ভগবাংস্তত্রৈবান্তরধীয়ত ।২৩।
বাগীশানে ভগবতি ব্যাস ব্যভ্রনভঃপ্রভে । গতে মতিমতাং শ্রেষ্ঠে সমাশ্বাস্য যুধিষ্ঠিরম্ ।২৪।
পূর্ব্বেষাং পার্থিবেন্দ্রাণাং মহেন্দ্রপ্রতিমৌজসাম্ । ন্যায়াধিগত্তানাং তাং শ্রুত্বা যজ্ঞসম্পদম্ ।২৫।
সম্পূজ্য. মনসা বিদ্বান্ বিশোকোঽভূদ্যুধিষ্ঠিরঃ । পুনশ্চাচিন্তয়দ্দনীঃ কিংস্বিদক্ষে ধনঞ্জয়ম্ ।২৬। (বিশেষকম্)

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্বণ্য

অভিমন্যুবধে যুধিষ্ঠিরশোকাপনয়নে ত্রিষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ।০। *

---

হায়বত্থুগী রারী তারেদো ॥২১॥ মৃত্যু হায়বত্থুগী মকম্‌দা অচৌঅপীক্ পুম্নমক্ চপ্ মাম্নে, হায়বা, অত্থুগা ঐশ্বর্য্য সম্পত্তি হায়বসিগী অরেপ্পা লৈতবা হায়বত্থুগী মরম্‌দস্মু ঐভোন্দগী তারেদো। স্বঞ্জয় নিংথৌগী মচানা করম্না শিখিবা অমদি করম্না অমুক্ হিংগৎখিবা হায়বত্থুগী মরম্‌দস্মু তারেদো ॥২২॥ "নিংথৌ যুধিষ্ঠির। অস্মুম্ হায়না খন্দোক্তুনা রাগ তৌরনু, ঐ চৎলে।" অসি হায়রম্লগা ভগবান্ ব্যাসদেবসি মফম্ অত্থুদগী থুনা মাঙথোক্খ্রে ॥২৩॥ রাঙাঙবা হৈবা, রাহৈগী মপু. নোংথাংব্রবা নোংমদোন্ কুচু মাল্লবা, জ্ঞানী পুম্বগী অথোইবা, ভগবান্ ব্যাসনা যুধিষ্ঠিরবু থেমজিন্‌বিরম্লগা চৎখ্রবা তুংদা, যুধিষ্ঠিরনা, ইন্দ্রগী মতৌগুম্না তেজ লৈরবা কুইথ্রবা রাজর্ষিশিং অত্থুগী রারী অমদি মখোযনা তৌখিবা যজ্ঞশিংগী রাহু তাবদা মপূক্লৌংদা নিংথৌশিং অত্থুবু থাগত্তুনা, মতুংদদি করিমত রাখিদ্রে। হৌজিক্ যুধিষ্ঠিরনা রারিবা হায়ববু হোরেল অর্জ্জুন ল'ক্লগা করি হায়না পাউদম্‌সিগে হাযবত্থুগীত মঙায়রে ॥২৪॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা অভিমন্যুবধগী মনুংদা যুধিষ্ঠিরশোকাপনয়ন"গী হুম্ফু হুমদোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥X॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## চতুঃষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ

### তুম্ফ মরিগুবা অধ্যায়।

( অর্জ্জুননা রাশকৃপগী মতাং )

——:(০):——

সঞ্জয় উবাচ

তস্মিন্নহনি নির্ব্বৃত্তে ঘোরে প্রাণভৃতাং ক্ষয়ে। আদিত্যেঽস্তং গতে শ্রীমান্ সন্ধ্যাকাল উপস্থিতে ॥১॥
ব্যপযাতেষু সৈন্যেষু সায়াহ্নে ভরতর্ষভ।। হত্বা সংশপ্তকব্রাতান্ দিব্যৈরস্ত্রৈঃ কপিধ্বজঃ ॥২॥
প্রায়াৎ স্বশিবিরং জিষ্ণুর্জৈত্রমাস্থায় তং রথম্। গচ্ছন্নেব চ গোবিন্দং সাশ্রুকণ্ঠোঽভ্যভাষত ॥৩॥

( বিশেষকম্ )

কিন্নু মে হৃদয়ং ত্রস্তং বাক্ চ সজ্জতি কেশব।। দৃশ্যন্তে চাপ্যনিষ্টানি গাত্রং সীদতি চাচ্যুত। ॥৪॥
অনিষ্টঞ্চৈব মে শ্লিষ্টং হৃদয়ান্নাপসর্পতি। ভু-বিয়দ্দিক্ষু চাপ্যুগ্রা উৎপাতাস্ত্রাসয়ন্তি মাম্ ॥৫॥
বহুপ্রকারা দৃশ্যন্তে সর্ব্ব এবাঘশংসিনঃ। অপি স্বস্তি ভবেদ্রাজ্ঞঃ সামাত্যস্য গুরোর্মম ॥৬॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ— ভরতশাগেগী অথোইবা, মহারাজ। মাহুগী নুমিৎকী লান্দা অকিবফংনা মী য়াম্না শিনথ্রবতুংদা, নুমিৎনস্থ তাথ্রবদা, কৌরবপাণ্ডব পক্ষ অনীমক্কী লাম্মীশিংনা মাগী মাগী লানশংদা হাঞ্জিন্নথ্রবদা, অকন্‌বগী লৈতেং, শুন অমদি খুদম্ পুন্নমক্না তিল্লবা কপিধ্বজ অর্জ্জুননা মায়কৈ অমদা সংশপ্তক লাম্মী পুন্নমকপু হাত্তুনা, মহাকী লালশংলোমদা হঙ্গিল্লকই। লম্বীদা চৎনচৎনা অর্জ্জুননা মমীত্তগী মপি শিন্থহুনা কৃষ্ণগী মকমদা অম্মুম্না হায়রকই —॥১—৩॥ কৃষ্ণ। অচ্যুত। ঙসিদি ঐগী পুক্লীং অসিদা, অকিবা চিংনবা অম পোক্লিবসি করিগীনো? পুক্লীং তয়াং তশোইনৈ। হায়দোক্লীঙবা রাহৈশিংনা চীম্নুংদা লৈশীন্দুনা লৈখিবগুম্ হায়দোকপা ঈঙম্ ঙম্‌দবগুম্ তৌরি। অমাঙবা অমদি অমঙ্গল ওইবগী খুদম্ ঙাক্তস্থ উরি। হক্‌চাং পুম্ব খঙহৌদনা পুম্‌চোক্ চোকথথ্রে ॥৪॥ ঐঙোন্দা য়াম্না শাথিনা অমাঙবা ওইগদবগী, ঈচিংত চিংনবগী রাখল অম খঙহৌদনা পুক্লীংদা পোক্‌থ্রে। চিংনবগী রাখল অসি থম্মোইদগী মপান্ থোক্‌থ্রো হায়বা ঈয়া য়াত্রে। থক্-খা, মায়গৈ পুম্বা উপদ্রব অম ওইখিবগী মওং অমদি খুদম্ মস্ত উরি। খুদম্‌শিংসিনা এবু তম্বনা লাওতরুকল্লি ॥৫॥ হৈপাল, লৈপাল, শা-ঙা উচেক য়াম্না কাওবা ঐঙোন্দা অমঙ্গল অমদি উপদ্রবকী খুদম ঙাক্ত পীরি—। অহুনা, মন্ত্রীশিংগা লোয়ননা

## বাসুদেব উবাচ।

আত্যং শিবং তব ভ্রাতুঃ সামাত্যস্য ভবিষ্যতি। মা শুচঃ কিঞ্চিদেবাদ্যতত্রানিষ্টং ভবিষ্যতি ॥৭॥

## সঞ্জয় উবাচ।

ততঃ সন্ধ্যামুপাস্যৈব বীরৌ বীরাবসাদনে। কথয়ন্তৌ রণে বৃত্তং প্রয়াতৌ রথমাস্থিতৌ ॥৮॥

ততঃ স্বশিবিরং প্রাপ্তৌ হতানন্দং হতত্বিষম। বাসুদেবোঽর্জ্জুনো চৈব কৃত্বা কর্ম সুদুষ্করম্ ॥৯॥

ধ্বস্তাকারং সমালক্ষ্য শিবিরং পরবীরহা। বীভৎসুরব্রবীৎ কৃষ্ণমস্বস্থহৃদয়স্ততঃ ॥১০॥

নদন্তি নাদ্য তূর্য্যাণি মঙ্গল্যানি জনার্দ্দন।। মিশ্রা দুন্দুভিনির্ঘোষৈঃ শঙ্খাশ্চাডম্বরৈঃ সহ।

বীণা বা নাদ্য বাদ্যন্তে শম্যাতালস্বনৈঃ সহ ॥১১॥

মঙ্গল্যানি চ গীতানি গায়ন্তি ন পঠন্তি চ। স্তুতিযুক্তানি রম্যাণি সর্বানীকেষু বন্দিনঃ ॥১২॥

যোধাশ্চাপি চ মাং দৃষ্ট্বা নিবর্ত্তন্তে হ্যধোমুখাঃ। কর্ম্মাণি চ যথাপূর্ব্বং কৃত্বা নাভিবদন্তি মাম্ ॥১৩॥

অপি স্বস্তি ভবেদদ্য ভ্রাতৃভ্যো মম মাধব।। নহি শুধ্যতি মে ভাবো দৃষ্ট্বা স্বজনমাকুলম্ ॥১৪॥

অপি পাঞ্চালরাজস্য বিরাটস্য চ মানদ।। সর্বেষাঞ্চৈব যোধানাং সামগ্র্যং স্যান্মমাচ্যুত।।১৫॥

---

ঐগী ঈয়াম্ব নিংথো যুধিষ্ঠিরগী করিগুম্ব অরাব থুদোংথীবা অমবু তারবরা! ॥৬॥ কৃষ্ণনা হায়ঃ- অর্জ্জুন! মন্ত্রীশিংগা লোয়ননা নয়াম্বুং মহারাজ যুধিষ্ঠির য়াম্ন মঙ্গল ওইহনা লৈরি। অদুনা নপুক্নীং তয়াং তশোইনম্নু। হোয়, করিগুম্ব থুদোংথীনগুম্ব অমাদ খোক্খিবরা! মাহুস্ন য়াই ॥৭॥ সঞ্জয়না হায়ঃ— কৃষ্ণগা অর্জ্জুনগা মতৌ অসুম্না সন্ধ্যাগী উপাসনানচিংবা লোইরগা, রথগী মথক্ত তোংখত্তুনা মতৌ অসুম্না লান্‌গী রারী শারশারগুনা লান্‌শঙলোম্‌দা কাইদ-কাইদলাকই ॥৮॥ অদুগী তুংদা কৃষ্ণগা অর্জ্জুনগা অনী অসি লান্‌কম্‌গী মায়কৈ অমরোম্‌দা অকন্‌বা লান্ থেংনরুবদগী, ঈমুং মুংঙাইতনা, পুক্নীং তয়াং তশোইননা, হরাউ তয়াম্বগী শরুক য়াওদ্রবা, থাউমৈস্ন করিস্ন থাদ্রবা, ঈমম্ মম্‌থ্রবা লালশংহুদা হাপ্তুনখি ॥৯॥ হেক্রুবা ওম্বা অর্জ্জুননা লালশংহুদা তৌরম্নিবা মওংহু উবদা, য়াম্ন লাংতক্না কৃষ্ণদা অসুম্না হায়রকই—॥১০॥ জনার্দ্দন! ঙসিদি, লালশঙশিংসিদা, পুংশেল যন্ত্রগী খোঞ্জেল অমতম্ন তাখিদ্রে। মোইবুংগী মখোল অমতস্ন তাবা লৈখিদ্রে। মকম্ পুম্বদা উন্‌মুক্ পুম্‌চীক্ চীক্‌থ্রে। পুংগী করতালগী খোঞ্জেনগা লোয়ননবা বীণাগী খোঞ্জেনম্ন তাব লৈখিদ্রে ॥১১॥ মঙ্গলগী স্তুতিগান তৌবশিংনা ঙসিদি চেক্ মোক্মক্ত লাউখিদ্রে। নীঙখিজরবা মহৌশা তৌবা, লৈশি লৈখোন্‌বগী শৈরেং শৈশক্ করি অমত্ত তৌখিদ্রে ॥১২॥ লাম্নীশিংনস্ন ঐবু উরগা মমায় লুকৃথ লুকৃথহুনা লৈনরি। হান্নদোনা ঐত্তোঙ্গা খুরম্ খুরম্‌হনা লান্‌বাউ তাহল্লদ্রে ॥১৩॥ কৃষ্ণ! ঙসিবু ঐগী ঈচৌন্‌নাওশিংহুগী মপুংদা কনাগুম্বগী অমঙ্গল ওইবগী থৌদোক্ ককাদি থোক্‌খিরোইনকো? মহ্নাম অসিনা মায়থোং লাংশিল্লা তুমিম্ তুমিন্ কমত্নুনা লৈবসি উবদা ঐগী থম্মোয়সি পুবা ঙম্মদ্রে ॥১৪॥ ঈকায়

ন চ মামস্ত সৌভদ্রঃ প্রহৃষ্টো ভ্রাতৃভিঃ সহ । রণাদায়ান্তমুচিতং প্রত্যুদ্যাতি হসন্নিব ॥১৬॥
এবং সংকথয়ন্তৌ তৌ প্রবিষ্টৌ শিবিরং স্বকম্ । দদৃশাতে ভৃশাস্বস্থান্ পাণ্ডবান্ নষ্টচেতসঃ ॥১৭॥
দৃষ্ট্বা ভ্রাতৄংশ্চ পুত্রাংশ্চ বিমনা বানরধ্বজঃ । অপশ্যংশ্চৈব সৌভদ্রমিদং বচনমব্রবীৎ ॥১৮॥
মুখবর্ণোঽপ্রসন্নো বঃ সর্ব্বেষামেব লক্ষ্যতে । অভিমন্যুং ন পশ্যামি ন চ মাং প্রতিনন্দথ ॥১৯॥
ময়া শ্রুতশ্চ দ্রোণেন চক্রব্যূহো বিনির্ম্মিতঃ । ন চ বস্তস্য ভেত্তাস্তি বিনা সৌভদ্রমর্ভকম্ ॥২০॥
ন চোপদিষ্টস্তস্যাসীন্ময়ানীকাদ্বিনির্গমঃ । কচ্চিন্ন বালো যুষ্মাভিঃ পরানীকং প্রবেশিতঃ ॥২১॥
ভিত্ত্বানীকং মহেষ্বাসঃ পরেষাং বহুশো যুধি । কচ্চিন্ন নিহতঃ শেতে সৌভদ্রঃ পরবীরহা ॥২২॥
লোহিতাক্ষং মহাবাহুং জাতং সিংহমিবাদ্রিষু । উপেন্দ্রসদৃশং ব্রূত কথমায়োধনে হতঃ ॥২৩॥

---

থুমবদা মতীক চায়বশিংবু ঈকায়থুমরিবা যাদব ! কৃষ্ণ ! দ্রুপদ বিরাটনচিংবা অতোপ অতোপ্পা অহল লমন্‌শিংগী মনুংদা শোয়ব লাক্‌পদি য়াওখিদেদনকো ? ॥১৫॥

ঙসিদি, হায়গুম্না, ঐগী ঈচানিপা অভিমন্যুহুনা অতৈ অতৈ লাম্মীশিংগা চেম্ফোয়ক্ত্না, নোক্‌নোক্ত্না হয়াউ হয়াউনা ওকলম্‌দ্রে । ॥১৬॥ অমুম্না, কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীনা য়ারী শা-শান্থুনা লালশং মনুংদা চঙশিন্‌খিবদদি—যুধিষ্ঠিরনচিংবা পাণ্ডব মরি অহু অশিবগী পাংথক ওইহুনা জ্ঞান তাদনা তুমিন তুমিন লৈরম্মহু উরে ॥১৭॥ অর্জ্জুননা মচীন মূনাওশিংবু অহুগা অতোপ্ অতোপ্প মচাশিংবু উবদা অহুগা মচা অভিমন্যুবু্দি উদবদা মায়থোং লাংশিন্ন অহুম্না হায়রকই ঃ— ॥১৮॥ "ময়াম্ পূম্নমক্না মায়থোং লাংশিন্ন লৈবসি ঐনা উরি । অহগা অভিমন্যুবুতদি উদ্রি । হৌজিকক্ষাও, অভিমন্যুনা চোংথোয়ক্ত্না ঐবু তরাম্ তরাম্ ওক্তিবা করিগীনো ? ॥১৯॥ অমরোমদা ঐনা তাবদি, গুরুদ্রোণনম্ন চক্রব্যূহ অমা শাথি হায় । অঙাং ওইরিবা ঈচা অভিমন্যু নত্তনা কনা অমত্তনা মাহুবু থুগাইত্তনা চঙ্‌বা ঙম্‌খিদে হায় ॥২০॥ ঐনা অভিমন্যুদা চক্রব্যূহ মনুং চঙবগী বিদ্যা অমদি শরৌদি তম্বিপ্রবনি । অহুগা, ব্যূহ মনুংহুদগী থোরক্লবগী বিদ্যা অমদি নিম্নমদি তম্বিখিদ্রি । করে, অসি পূম্নমক্ ময়াম্না ঐগী ইচাহুবু বেহ্ন মনুংদা চঙ্‌হন্ লাক্‌হন্‌বিখিদেদনকো ? ॥২১॥ য়েক্নবঙম্বা অকন্‌বা ঈচাহুবু কৌরবকী অকন্‌বা মহারথীশিংগী মরক্ত থাজিন্‌বিখিহুনা য়েক্নবশিংগী মথুত্ত মথরাইদি থাহন্‌বিখিদেদনকো ? ॥২২॥

চাউম্নুংদ পোকপ নোংশাগুম্, মমীং তঙাং তঙাংবা,
মাগী মামঈবুঙো কৃষ্ণগুম্, মথৌনা মপাঙ্গল লৈরবা
ঈচাহুবু কৈদনো, ময়াম্না তশেংনা হায়রুবা ।
ঈচানা করম্না লালকম্‌দা, য়েক্নরক্ত মথ্‌াই থাখিবা ? ॥২৩॥
পাথং মপূং কাদ্রিবা, লাম্নদি থোইন কল্লবা,
ইন্দ্রগী মচাগী মচাদো, ঐগী ঈচা সুংশিজরবা

সুকুমারং মহেষ্বাসং বাসবস্যাত্মজাত্মজম্ । সদা প্রিয়ং জ্ঞাত মম কথমায়োধনে হতঃ ॥২৪॥
সুভদ্রায়াঃ প্রিয়ং পুত্রং দ্রৌপদ্যাঃ কেশবস্য চ । অম্বায়াশ্চ প্রিয়ং নিত্যং কোঽবধীৎ কালচোদিতঃ ॥২৫॥
সদৃশো বৃষ্ণিসিংহস্য কেশবস্য মহাত্মনঃ । বিক্রমশ্রুতিমাহাত্ম্যৈঃ কথমায়োধনে হতঃ ॥২৬॥
বাষ্ণেয়ীদয়িতং শূরং ময়া সতত্তলালিতম্ । যদি পুত্রং ন পশ্যামি যাস্যামি যমসাদনম্ ॥২৭॥
মৃদুকুঞ্চিতকেশান্তং বালং বালমৃগেক্ষণম্ । মত্তদ্বিরদবিক্রান্তং শালপোতমিবোদ্গতম্ ॥২৮॥

---

অভিমণ্যুগী মপাউ তাজগে, ময়াম্ন তশেংবা হায়ুবা।
ঈচানা করম্না লাললকমদা য়েক্লরক্ত মথ্বাই থাখিবা ॥২৪॥
সুভদ্রাগী মচা নু শিজরবা, দ্রৌপদী-কৃষ্ণ—ঈমাগী
অতোল্‌তাং ওইনা নুংশিজবা, অভিমন্যুগী মপাউ তাহন্‌বিয়ুবা
করম্বা নোংদম্থীবন, অশিবগী খয়াত্ত তাহন্‌খি!
ঈচানা করয়া লাল্‌কম্‌দা য়েক্লবক্ত থরাই থাখিবা! ॥২৫॥
শাস্ত্রগী জ্ঞানদা পাঙ্গন্দা পুক্‌চেল্‌ চাউবা-কন্‌বদা
বৃষ্ণি-শাগৈ-অথোইবা, কৃষ্ণমক্না চপ্‌ মান্নথবা
অভিমন্যুগী মপাউ তাজগে, ময়াম্ন অশেংবা হায়যুবা।
ঈচানা করয়া লাল্‌কম্‌দ, যেক্লমক্ত মথরাই থাখিবা! ॥২৬॥
আঃ! সুভদ্রানা পোকচবা নু শিবা, থরাই য়াওনা কন্না য়োকচবা
ঈচাবু উবা ঙংদ্রবদা, এনা হিংত্রনা কৈদৌনি?
এম্ম থরাই থাজথ্রগে, তাইবংদা মিকুপ্‌মত লৈজররোই।
মচক্কী মপাউ তাজগে, ময়াম্না অশেংবা হায়যুবা।
ঈচানা করম্না লাল্‌কম্‌দা, য়েক্লরক্ত থরাই থাখিবা! ॥২৭॥
চায়রুংদা মাগী শম্‌জোইনা, খোইখোই তানা নীওথিবা,
শজী মচাগী মীৎলুনীগুম্‌, কজবা মীত্তা তারব;
ময়ায় কারবা শামুগী, শাজৎ মান্‌বা-অকন্‌বা,
পাথং মপুং কাদ্রিবা, চীওগু পাম্বীগুম্‌ য়াংচাউবা,
মোমোম্নোক্‌প মীনোক্না, অহল্লমন্ন হায়বত্ত ইঙ্গবা,
অহন্ন ওমদবা থবক্‌পু, নহা মহাক্না তৌওবা,
খ্বাইবু নুংশিব খ্বাইনা নুংশিবা, কনাবুস্থ কল্লক্‌মিহৌদব।
মপাঙ্গল মথৌনা মখিল লৈবা, থম্বাল্‌ মীত্তা-য়ুংগানবা,
থজ্রগুম্‌ কন্‌বা লৈমাংগুম্‌ থোৎপা, ভগবান্‌গী ভক্তবু নুংশিগন্‌বা
পাদ্মোম্‌ চাউবা ইন্দ্রিয়দু, খুত্তম্‌চনব 'কবগা সজ তৌগন্‌বা

শিক্ষাভিভাষিণং শান্তং গুরুবাক্যকরং সদা । বালোঽপ্যবালকর্ম্মাণং প্রিয়বাক্যমমৎসরম্ ।২৯।
মহোৎসাহং মহাবাহুং দীর্ঘরাজীবলোচনম্ । ভক্তানুকম্পিনং দান্তং ন চ নীচানুসারিণম্ ।৩০।
কৃতজ্ঞং জ্ঞানসম্পন্নং কৃতাস্ত্রমনিবর্ত্তিনম্ । যুদ্ধাভিনন্দিনং নিত্যং দ্বিষতাং শোকবর্দ্ধনম্ ।৩১।
স্বেষাং প্রিয়হিতে যুক্তং পিতৄণাং জয়গৃদ্ধিনম্ । ন চ পূর্ব্বপ্রহর্ত্তারং সংগ্রামে নষ্টসংভ্রমম্ ।
যদি পুত্রং ন পশ্যামি যাস্যামি যমসাদনম্ ।৩২। ( কুলকম্ )
রথেষু গণ্যমানেষু গণিতং তং মহারথম্ । মমাধ্যর্দ্ধগুণং সংখ্যে তরুণং বাহুশালিনম্ ।৩৩।
প্রদ্যুম্নস্য প্রিয়ং শিষ্যং কেশবস্য মমৈব চ । যদি পুত্রং ন পশ্যামি যাস্যামি যমসাদনম্ ।৩৪।
( যুগ্মকম্ )
সুনসং সুললাটান্তং স্বক্ষিভ্রূদশনচ্ছদম্ । অপশ্যতস্তদ্বদনং কা শান্তির্হৃদয়স্য মে ।৩৫।
তন্ত্রীস্বনসুখং রম্যং পুংস্কোকিলসমধ্বনিম্ । অশৃণ্বতঃ স্বরং তস্য কা শান্তির্হৃদয়স্য মে ।৩৬।
রূপঞ্চাপ্রতিমং তস্য ত্রিদশেষ্বপি দুর্লভম্ । অপশ্যতোঽস্য বীরস্য কা শান্তির্হৃদয়স্য মে ।৩৭।

---

খুৎলায় লোইনা তম্‌ব্রবা, তৌবিমল্ খঙবা অশিংবা,
লালকম্ য়োৗরগা চেন্দবা, লাল্ উরগা হরাউবা,
মশক্ উবদা য়েক্লবনা মিপাইবা, মরূপমপাং শাগৈব্ নুংঙাইহন্‌বা,
মপা মপনবু জয় ওইহন্নীঙবা, কনাদস্ু খৎনবা তৌদবা
য়েক্লবনা হৌরক্লগদি হন্দবা, রাবা লৈতবা খাঙহৈবা,
পূক্‌চেল্ চাউবা অতপ্পা, ঈচাদুবু উবা কংব্রবদি
ঐস্ু থরাই থারনি, ঈচাগী মতুং ইন্‌গ্রনি ॥২৮—৩২॥

মহারথী শীঙথারক্‌পদা, ঈবুধৌ ভীষ্মনা মহাক্‌পু মকোক্ ওইনশীঙথাবিখিবা, মপা অর্জ্জুন ঐঙোন্দগীসু তংখাই অম হেন্ন কন্‌বা-হৈবা, কৃষ্ণ, প্রদ্যুম্ন, ঐহাক্কা অহুম্ অসিগী নুংশিজরবা শিষ্য ওইখিবা, মপান্বোম্ চাউরবা' তনৌরবা ঈচাদুবু উব্রবদা ঐস্ু যমালয়দা চৎগ্রগে ॥৩৩—৩৪॥

নাতোল্-তাবকজবা, লাইবক্‌মতা কজবা,
মীত্তা নাতা কজব, পীশূম্ চীন্‌বান্ লীঙথিবা
খোরী চয়ম তরুতরুবা, অভিমন্যুবু উম্বা কংব্রবদা
ঐগী শান্তিনা কৈদনো, কয়া কংগনি অঙৈংবা ॥৩৫॥
ঙাঙ্‌থোক্ শক্তোরক্‌পদা, কোকিল লাবগী স্বরগুম্ লীঙথিবা
বীনাগী মরী কাপ্পদা, ভংবগুম্ মতোল্ ভংবা থোৎপা
অভিমন্যুবু উবা কংব্রবদা, ঐগী শান্তিনা কৈদনো ? ॥৩৬॥
নোংমদোক্কী লাইরক্সু, ঈচাগুম্ কজবা য়াওদবা

অভিবাদনদক্ষং তং পিতৄণাং বচনে রতম্ । ন্যাহং যদি পশ্যামি কা শান্তির্হৃদয়স্য মে ॥৩৮॥
সুকুমারঃ সদা বীরো মহার্হশয়নোচিতঃ । ভূমাবনাথবচ্ছেতে নূনং নাথবতাং বরঃ ॥৩৯॥
শয়ানং সমুপাসন্তি যং পুরা পরমস্ত্রিয়ঃ । তমদ্য বিপ্রবিদ্ধাঙ্গমুপাসন্ত্যশিবাঃ শিবাঃ ॥৪০॥
যঃ পুরা বোধ্যতে সুপ্তঃ সূতমাগধবন্দিভিঃ । বোধয়ন্ত্যদ্য তং নূনং শ্বাপদা বিকৃতৈঃ স্বরৈঃ ॥৪১॥
ছত্রচ্ছায়াসমুচিতং তস্য তদ্বদনং শুভম্ । নূনমদ্য রজোধ্বস্তং রণরেণুঃ করিষ্যতি ॥৪২॥
হা পুত্রকাবিতৃপ্তস্য সততং পুত্রদর্শনে । ভাগ্যহীনস্য কালেন যথা ত্বং নীয়সে বলাৎ ॥৪৩॥

---

অভিমন্যু মাবু উদবদা, কদাইদনো ঐগী ঈংগদবা ? ॥৩৭॥
নোংমত মমা মপাবু, খুরুম্ব কাউদবা লম্চৎ কজবা
মমা মপাগী য়াথং ঙাক্ওম্বা, অভিমন্যুবু উবা ফংত্রবদা
ঐগী থম্মোয়দা অঈংবা, কদায়দ করম্মা ওইগবা ! ॥৩৮॥
আঃ ! সুংশিদা ঈচাদো, মশা অহুক্ খোংন অহুক্ কন্বা !
সনা লুপানা থাম্নবা ফমুংদা, য়াঁউপকদবা মহাক্না
কনা কনাম্ন লৈজদবগুম্, লালফম্দা পুনশিগী অয়োইবা,
য়াহীপ্ত হীপ্‌থ্রবা ঈচানা ! কদায়দনো ঐনা ঈঙগদবা ॥৩৯॥
নীঙথিজরবী তাল্লোয়শিংনা, মাগী সেবাত তৌথ্রবা
অহুগুম্বা অকন্বা মহাক্, ঙসিদি তেম্ন ঈহ নাইহং শাহুনা
লাল্ফম্ দৈমায়থক্ত হীপ্‌থ্রবা ! কাক্ লম্হুইনা সেবা তৌথ্রবা ! ॥৪০॥
থোৎলবা ফমুং মথক্তা, তুম্খুল্ য়াতাথ্রবা মহাক্পু
য়াকায়থোল শক্পা অশৈবশিংনা, শৈয়েং শৈশক্ হৌদোক্পনি ।
হৌজিক্তি তম্থিবা লমহুই, লাঙজা, হুই, কাকনা হৌদোক্লি !
অসিদা করম্না পুক্নীংদা, অর্জ্জুন ঐগী শান্তি লৈগবা !॥৪১॥
ঙৌরবা পেগী মরুম্দা ফম্গদৌবা মহাক্না
লাল্ফম্গী উফুল মরক্তা, উফুম্না মশাপুম্বা কুপ্‌খিহ্না
তুমিন্ন তাহুনা লৈরিবা, অসিদা শান্তি করম্না ফংগবা ? ॥৪২॥
হা ঈপাগী ঈবুঙো ! অভিমন্যু নংবু কৈদনো ?
নংবু হন্ন হন্ন য়েংজবদস্থ, পেন্দবা নপা ঐহাক্লি ।
অদুবু নম্হুনা ঐঙোন্দগী, পুবিথ্রে নংবু "অশিবা"না ।
পুণ্যচেল্লবা ক্ষত্রিয় মচানা, চৎখিবা পুণ্যলোক অদুদা !
নহাক্তি শোয়দনা চৎথ্রিনি, যমপুরীদা নংনা চৎথ্রবস্থ

সাম্ভ সংযমনী নূনং সদা সুকৃতিনাং গতিঃ। স্বভাভির্ভাসিতা রম্যা ত্বযাত্যর্থং বিরাজতে ॥৪৪॥

( যুগ্মকম্ )

নূনং বৈবস্বতশ্চ ত্বাং বরুণশ্চ প্রিয়াতিথিম্। শতক্রতুর্ধনেশশ্চ প্রাপ্তমর্চ্চন্ত্যভীরুকম্ ॥৪৫॥

এবং বিলপ্য বহুধা ভিন্নপোতো বণিগ্‌যথা। দুঃখেন মহতাবিষ্টো যুধিষ্ঠিরমপৃচ্ছত ॥৪৬॥

কচ্চিৎ স কদনং কৃত্বা পরেষাং কুরুনন্দন!। স্বর্গতোঽভিমুখঃ সংখ্যে যুধ্যমানো নরর্ষভৈঃ ॥৪৭॥

স নূনং বহুভির্যত্তৈর্যুধ্যমানো নরর্ষভঃ। অসহায়ঃ সহায়ার্থী মামনুধ্যাতবান্ ধ্রুবম্ ॥৪৮॥

পীড্যমানঃ শরৈস্তীক্ষ্ণৈঃ কর্ণদ্রোণকৃপাদিভিঃ। নানালিঙ্গৈঃ সুধৌতাগ্রৈর্মম পুত্রো হ্যচেতনঃ ॥৪৯॥

ইহ মে স্যাৎ পরিত্রাণং পিতেতি স পুনঃ পুনঃ। ইতি বিপ্রলপন্ মন্যে নৃশংসৈর্ভুবি পাতিতঃ ॥৫০॥

( যুগ্মকম্ )

---

যমালয়দা ননা য়োথ্রবস্নু, যমালযগী ফজবতুম্ হেন্নিনি ॥৪৩—৪৪॥
ঈবুঙো! নংদি ঈন্নুং নুংঙাইনা, মফম্ অদুদা য়োববিনি।
ইন্দ্রবরুণ যম কুবেরন, নহাকপু য়োইন নুংশিবিবনি
অতুনা মখোয়না নহাকপু, তবাম তরাম্ ওকপিননি।
মখোয়না নংবু অতিথিগুম্ ফংবদা, য়োইনবু হরাউবারনি ॥৪৫॥
লল্লোম্পোৎ থঙ্গ হাপ্পবা, হিজাওনা ঈপাক্ত লুপশিবদা।
লল্লোম্বনা অরাবা তাবগুম্, অরাবা তাববা অর্জ্জুননা।
খুংলোম্নহুনা যুধিষ্ঠিরদা, অম্মুম্ হায়না ও গংথি ॥৭৬॥

য়াম্মুং মহারাজ। কুরুনাইগী অখোইবা! যেরুবাশংবু মবাবা পীরম্তনা শাথিনা নৈহল্লগা, অকনবা ঈচা অভিমন্যু অদো, নিপাত নিপা নিপা অদো, নিপা অখোইবা বল্লবা মহারথীশিংগা ওমথে লৈতনা শোরুরম্নগা নোংগাখিরিনিনা? ॥৪৭॥ আঃ! ওস্থোকপানিদা! নিপা অখোইবা ঈচাহুনা মরূপমপিজা-খোঙলোয় লৈজন্দ্রবগুম্না মথস্তনা অকনবা মহারথীশিং অহুগা শোরুরকপদা, রাররু-চে কথররুবা মতম্দা, ঐবু শোয়দনা নীঙশিংঙম্গনি ॥৪৮॥ — কর্ণ দ্রোণনাচিংবা অকনবা লাম্মীশিংনা পুল্লপা হেন্হুনা, তেন মনম্-মনম্ কাপশিল্লক্নুনা ঈচাহুবু মথরাই থাগদবা খজিক্ত ওযর ফাওবদা, তত্তনা অরাবা চৈনা পীরক্রবা মতম্দা, ঈচানা মখরাই থারমদাই মতম্দা, "আঃ! মতম্সিদা ঐগী ঈপা অর্জ্জুন অহু লৈরম্লবদি অসি থোকলম্মোইদকো!" — অসি হায়না কপ্পকপা মতম্হুদা ফত্রবা, অঙাং অমতবু ময়াম্ চঙহুনা হাৎপা হিংচাবশিং অহুনা—ঈচাগী মথরাই সোয়দনা লৌরম্গনি; মাহু ঐ সংসংনা উই ॥৪৯—৫০॥

অথবা মৎপ্রসূতঃ স স্বস্রীয়ো মাধবস্য চ। সুভদ্রায়াশ্চ সম্ভূতো নৈনং বক্তুমিহার্হতি ॥৫১॥
বজ্রসারময়ং নূনং হৃদয়ং সুদৃঢ়ং মম। অপশ্যতো দীর্ঘবাহুং রক্তাক্ষং যন্ন দীর্য্যতে ॥৫২॥
কথং বালে মহেষ্বাসা নৃশংসা মর্ম্মভেদিনঃ। স্বস্রীয়ে বাসুদেবস্য মম পুত্রেঽক্ষিপন্ শরান্ ॥৫৩॥
যো মাং নিত্যমদীনাত্মা প্রত্যুদ্গম্যাভিনন্দতি। উপায়ান্তং রিপূন্ হত্বা সোঽদ্য মাং কিং ন পশ্যতি ॥৫৪॥
নূনং স পতিতঃ শেতে ধরণ্যাং রুধিরোক্ষিতঃ। শোভয়ন্ মেদিনীং গাত্রৈরাদিত্য ইব পাতিতঃ ॥৫৫॥
সুভদ্রামনুশোচামি যা পুত্রমপলায়িনম্। রণে বিনিহতং শ্রুত্বা শোকার্ত্তা বৈ নশিষ্যতি ॥৫৬॥
সুভদ্রা বক্ষ্যতে কিং মামভিমন্যুমপশ্যতী। দ্রৌপদী চৈব দুঃখার্ত্তে তে চ বক্ষ্যামি কিং ন্বহম্ ॥৫৭॥
বজ্রসারময়ং নূনং হৃদয়ং যন্ন যাস্যতি। সহস্রধা বধূং দৃষ্ট্বা রুদতীং শোককর্ষিতাম্ ॥৫৮॥
দৃপ্তানাং ধার্ত্তরাষ্ট্রাণাং সিংহনাদো ময়া শ্রুতঃ। যুযুৎসুশ্চাপি কৃষ্ণেন শ্রুতো বীরানুপালভন ॥৫৯॥
অশক্নুবন্তো বীভৎসুং বালং হত্বা মহারথাঃ। কিং নদধ্বমধর্ম্মজ্ঞাঃ পাণ্ডবং দৃশ্যতাং বলম্ ॥৬০॥

অসিগী মথক্তা. ঈচাদি বৃষ্ণমকী মচম্ন পোক্পানি। সুভদ্রাগুম্বীগী গর্ভদগী তান মচানা কনাম্ভ কনাম্ম নৈজক্রবগুম্না নপ্লদা মাতীক্ চাখিদবনি ॥৫১॥ ওহ্লাকপনি! ঐগী থ্সায়াস বজ্রগী মচিতনা শাবা কন্থ্রবা পোশক অম ওইরে। মরম্দি মপান্থেম্ শাংলবা চাউরবা, মীত্তা ওাংনৈলনবা ফজবা ঈচা অভিমন্যুশবগী পাউ তাবকাওদা হৌজিককাও ঐগী থম্মোয অসনা মচেৎ মচেৎ থেরা কাযদ্রে ॥৫২॥ ইস্! অদাংসু ওইরিবা! বৃষ্ণগী মচনুস্ত পোক্পা। অসিগী মথক্ত অর্জ্জুনগীস্ত মচা। আসগুম্বা অভিমন্যুগী মথক্তা কল্লবা মহারথীশা অতুনা পুন্নপ হৌহুনা থম্মোয কাযবা যাব থোর পৈনবা তেল্ কাপখিবা! ॥৫৩॥ আঃ! নুমিৎ খুদিং, ঐনা হেক্ হেক্ তল্লপদা চোন্তাবক্তুনা ঐগু নংতাইহন্নরনি। অত্তু, ওসিদি মেনমগাম্ তাংলুগী রানা কল্লক্রবা ঐবু মহাক্ত ওদাপবম্দ্রে ॥৫৪॥ শোযদ্রে, মতাক্, ওসি, তাবম্দাই নুমিৎনা পৃথিবীগী হৈপাল্ লৈপাল্ পুন্নমকপু ফজংহন্নরকগুম্ব ঈনা মশা পুম্বতে ওংতনা লালুগম সৈমায়থক্তা লৈবাবনি ॥৫৫॥ লালুকম্দা খোংকম্ নামহন্দন মথন্নাই পাখিবা মচাস্তুগী কাযনৈমচাক্ পুংমদকী সুভদ্রা কোৰী মমানা, মথন্নাই থাৎগাদবসি খল্লবদা থম্মোয অসি পুবা যারকুবে ॥৫৬॥

মচা অভিমন্যুবু উদবদা, যম, সুভদ্রা-দ্রৌপদীনা ঐ ঐ।
ঐনা কবয়, পাউদ য়? কার হায়নগু খুমগনি ॥৫৭॥

চুম্ম, থাৰ্জেশংবা ঐগী থম্মোয়সি বজ্রনা—নুনা শাবনি; মবম্দ মপুরোযব নৈংবগী পাউ তাবদা তে থানাওইনা কপচরবী উত্তরাবু উবদা কল্লবা ফত্রবা থম্মোযসে মচেৎ মচেৎ থোক্ কায়খিরোইদৌরি ॥৫৮॥ নাপল্চাউরবা ফত্রবা ধৃতরাষ্ট্র মচাশিংগী জয় ওইবগী সিংহনাদগী খোল্লাও অদো ঐনা শেংনা তাখি। যুযুৎসুনা কৌরবপক্ষগী অকনবশিংবু নিন্দা তৌখিবত্তুসু কৃষ্ণনা তাখিবনি ॥৫৯॥ অভিমন্যুবু হাৎপ্রবক্তুংদা যুযুৎসুনা কর্ণনচিংবদা হায়খিবত্ত, "ধর্ম্ম-মশক্ থত্রবা,

কিং তয়োর্বিপ্রিয়ং কৃত্বা কেশবার্জ্জুনয়োর্ম্মৃধে। সিংহবন্নদথ প্রীতাঃ শোককাল উপস্থিতে ॥৬১॥
আগমিষ্যতি বঃ ক্ষিপ্রং ফলং পাপস্য কর্ম্মণঃ। অধর্ম্মো হি কৃতস্তীব্রঃ কথং স্যাদফলশ্চিরম্ ॥৬২॥
ইতি তান্ প্রতি ভাষন্ বৈ বৈশ্যাপুত্রো মহামতিঃ। অপায়াচ্ছস্ত্রমুৎসৃজ্য কোপদুঃখসমন্বিতঃ ॥৬৩॥
কিমর্থং নৈবমাখ্যাতং ত্বয়া কৃষ্ণ! রণে মম। অধক্ষ্যং তানহং সর্বাংস্তদা ক্রুদ্ধান্ মহারথান্ ॥৬৪॥

## সঞ্জয় উবাচ।

পুত্রশোকার্দ্দিতং পার্থং ধ্যায়ন্তং সাশ্রুলোচনম্। নিগৃহ্য বাসুদেবস্তং পুত্রাধিভিরভিপ্লুতম্।
নৈবমিত্যব্রবীৎ কৃষ্ণস্তীব্রশোকসমন্বিতম্ ॥৬৫॥
সর্ব্বেষামেষ বৈ পন্থাঃ শূরাণামনিবর্ত্তিনাম্। ক্ষত্রিয়াণাং বিশেষেণ যেষাং যুদ্ধেন জীবিকা ॥৬৬॥
এষা বৈ যুধ্যমানানাং শূরাণামনিবর্ত্তিনাম্। বিহিতা ধর্ম্মশাস্ত্রজ্ঞৈর্গতির্মতাং বর। ॥৬৭॥
ধ্রুবং হি যুদ্ধে মরণং শূরাণাং কুরুনন্দন।। গতঃ পুণ্যকৃতাল্লোকানভিমন্যুর্ন সংশয়ঃ ॥৬৮॥

---

পাপী মহারথীশা। মপা অকনবা অর্জ্জুনবুদি হাৎপা ওমদহুনা মচা অঙাং অমবু নথননথক্তনদি হাৎপা ওমদহুনা নখোয় ময়াম্ চঙহুনা হাত্তোকপিরে। অদুগসু, সিংহনাদ ককা লাউবা শারি। পাণ্ডবশিংনা করি তৌরকপগে হায়বতু য়েংঙ্ দো।"— অসিমক্রি ॥৬০॥ "নখোয়না লান্দা কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীনা থম্মোয় শাউগদবা থবক্ তৌরুরেকো হায়বগীদি রাত্রহুনা, ওম তৈননা করিগী হরাউহুনা সিংহনাদ লাউবাশারি? ॥৬১॥ পাপকর্ম্ম অসিগী করি মহৈ কংবগে হায়বতু উগদবা ওহাক্ত মঙায়রে। মরম্দি নখোয়না তৌরিবসে মথা তানিংঙাই লৈতবা পাপকী কর্ম্মনি। অসিনা করিগী অরেম্বদা মাঙগনি?" ॥৬২॥ পূকচেল চাউরবা যুযুৎসুনা অস্ত্র হায়রহায়রহুনা খুৎলায় থাদোক্তুনা, মমীত্তগী মপি শিন্থহুনা মাগী লালশংদা লাক্রি ॥৬৩॥ কৃষ্ণ! অসিগুম্বা থৌদোক অম থোক্তদৌরে হায়বসিদি ঐঙোন্দা করিগী তাকপিখিদে? অদু খঙলম্রবদি কত্রব. পাপীশিংসিবু ঐনা খুৎলায়তনা চাক্থেক্হল্লমগদবনি ॥৬৪॥ সঞ্জয়না হায়:— অর্জ্জুননা মতৌ অস্তুম্মা মমীত্তগী মপি অতৎ-অথম্ লৈতনা চিন্তা তৌহুনা, মচা কায়নবগী মৈচাক্ পুবা ওম্দহুনা মথবাক্ ফুহুনা থম্মোয় শোক্না বিলাপ তৌরকপা মতম্সিদা কৃষ্ণনা হায়খি:—"অর্জ্জুন! নং অদুম্ তৌখিনু, ঙাইখো।" ॥৬৫॥ লান্দা হুন্দবা, অথোবা ক্ষত্রিয়মচানা চৎকদবা লম্বী হায়বতু নচানিপা অভিমন্যুনা চৎখ্রিবসিনি। লাল্ হায়বসে, অর্জ্জুন!, ক্ষত্রিয়গী ব্যবসায়নি, মাসিত্ত তৌগে লাকপনি ॥৬৬॥ ধর্ম্ম খঙবা, অকনবা! অকনবগী পুনশিগী লোইনকম্দি লাল্কমনি। অদুনা, অভিমন্যুনা মানা তৌজরকপা পুণ্যকর্ম্মগী মহৈনা মশি ওসি কংজহুনা পুণ্যলোকত্ত চৎচখিবনি। মাসিদা চিংননবা, রাকম্ করিমত্ত লৈত্তে ॥৬৮॥ ঈকায়খুম্নবগী মতীক্ চারবশিংবু ঈকায়খুম্নিবা, অকনবা! ভরত শাগৈগী অথোইবা অর্জ্জুন! অকনবা ক্ষত্রিয়শিংগী

এতচ্চ সর্ববীরাণাং কাঙ্ক্ষিতং ভরতর্ষভ। । সংগ্রামেঽভিমুখো মৃত্যুং প্রাপ্নুয়ামিতি মানদ। ॥৬৯॥
স চ বীরান্ রণে হত্বা রাজপুত্রান্ মহাবলান্। বীরৈরাকাঙ্ক্ষিতং মৃত্যুং সংপ্রাপ্তোঽভিমুখো রণে ॥৭০॥
মা শুচঃ পুরুষব্যাঘ্র। পূর্বৈরেষ সনাতনঃ। ধর্মকৃদ্ভিঃ কৃতো ধর্মঃক্ষত্রিয়াণাং রণে ক্ষয়ঃ ॥৭১॥
ইমে তে ভ্রাতরঃ সর্বে দীনা ভরতসত্তম!। ত্বয়ি শোকসমাবিষ্টে নৃপাশ্চ সুহৃদস্তব ॥৭২॥
এতাংস্ত্বং বচসা সাম্না সমাশ্বাসয় মানদ!। বিদিতং বেদিতব্যং তে ন শোকং কর্ত্তুমর্হসি ॥৭৩॥
এবমাশ্বাসিতঃ পার্থঃ কৃষ্ণেনাদ্ভুতকর্ম্মণা। ততোঽব্রবীত্তদা ভ্রাতৄন্ সর্ব্বান্ পার্থঃ সগদ্গদম্ ॥৭৪॥
স দীর্ঘবাহুঃ পৃথ্বংসো দীর্ঘরাজীবলোচনঃ। অভিমন্যুর্যথা বৃত্তঃ শ্রোতুমিচ্ছাম্যহং তথা ॥৭৫॥
সনাগস্যন্দনহয়ান্ দ্রক্ষ্যধ্বং নিহতান্ ময়া। সংগ্রামে সানুবন্ধাংস্তান্ মম পুত্রস্য বৈরিণঃ ॥৭৬॥
কথঞ্চ বঃ কৃতাস্ত্রাণাং সর্ব্বেষাং শস্ত্রপাণিনাম্। সৌভদ্রো নিধনং গচ্ছেদ্বজ্রিণাপি সমাগতঃ ॥৭৭॥

---

লালসা হায়ববু "ইমান্নবগী মথুত্তা নীওহন্নদবা লান্দা থরাই থাবা"—অসিতনি ॥৬৯॥ মরম্ অহুনা, অকন্‌বা অভিমন্যুনা মপন্তনা অকন্‌বা কয়াবু তুম্ন হাৎলম্নগা সন্মুখ সংগ্রামদা মপ্‌বাই কৎখি ॥৭০॥ মরম্ অহুনা নিপা অথোইবা। অমুক্ রাক্নগনু। মমাঙৈগী ধর্ম্ম শাস্ত্র খঙবা-হৈবশিংনা ক্ষত্রিয়গী অমত ওইবা, সৃষ্টিগী মতম্‌দগী চৎনরক্লবা ধর্ম্ম হায়ববু লালতনি হায়নৈ ॥৭১॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা। নহাক্না রাবসি উরগা, নচীন্ননাওশিংনা, বন্ধু বান্ধব শাগৈ নাতৈশিংনা, খোঙমী লাম্মী পুন্নমক্না থম্মোয়শোক্ন রাগ্রে ॥৭২॥ "মরম্ অহুনা ঈকায়থুম্নবা য়াবশিংদা ঈকায়খুম্নাববা অকন্‌বা অর্জ্জুন। নীঙথিজবা, পূক্নীং তপথনবা রাহৈনা মখোয়বু থেম্‌জক্লু, রাহল্লগনু। নহাক্না লোইনা খঙলিবন্তু মঙায়, অমুক্ করিসু তাকৃকম্ লৈতে। অহুনা নহাক্‌না অমনা লালক্‌মদা থক্ রাব চুম্‌দে"।৭৩॥ মতৌ অসুম্না অঙকপগী মশক্ ওইরবা কর্ম্ম তৌবতনা মশিঙ্গাং ওইরবা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী পূক্নীং নেম্‌হনখি। অহুগী তুংদা অর্জ্জুননা রাহৈ মচেৎ মচেৎ, খৌগী চরম্ কংহুন', ময়াম্ব অমদি মনাওশিংদা অসুম্না হায়খি :—॥৭৪॥

মপাম্বোম্ চাউর-শাংলবা, মমীৎনা থম্বাল লৈনা মানবা,
মথবাক্ ক্নন্‌বা—খ্বাংজেংবা, ঈচানা করম থরাই থাখিবা?
তাজনীঙি—খোখোম্না, তম্বিয়ু ঐঙোন্দা অয়াম্বা ॥৭৫॥
ঈচাবু হাৎপা য়েক্নবশিংবু শগোল শামু শারথিগা লোয়ননা
ঐনা লোইনা হাৎপদুসু— খিত্ত মঙায়রে উবিগদবা ॥৭৬॥

খুৎলায় পূম্বা হৈরবা, মতম্ কুইনদগী লাম্ভ তৌরক্লবা
অকন্‌বা নখোয় লৈনা লৈনা, অভিমন্যু কৌবা অকন্‌বা
ইন্দ্রমক্না মথক্তা চেলশিল্লক্লবসু, করম্না লান্দা শিখিবা।
অসিবু ওইবা য়াবরা? কূপ্ন অমুক্ত লীখিয়ু ॥৭৭॥

যত্ত্বেবমহমজ্ঞাস্তমশক্তান্ রক্ষণে মম। পুত্রস্য পাণ্ডুপাঞ্চালান্ ময়া গুপ্তো ভবেত্ততঃ ॥৭৮॥
কথঞ্চৈব রথস্থানাং শরবর্ষাণি মুঞ্চতাম্। নীতোঽভিমন্যুর্নিধনং কদর্থীকৃত্য বঃ পরৈঃ ॥৭৯॥
অহো বঃ পৌরুষং নাস্তি পরাক্রমঃ। যত্রাভিমন্যুঃ সমরে পশ্যতাং বো নিপাতিতঃ ॥৮০॥
আত্মানমেব গর্হেয়ং বৈ সুদুর্বলান্। যুষ্মানাজ্ঞায় নির্যাতো ভীরূনকৃতনিশ্চয়ান্ ॥৮১॥
আহোস্বিত্তু যণার্থানি বর্ম্মশস্ত্রায়ুধানি বঃ। বাচশ্চ বক্তুং সংসৎসু মম পুত্রমরক্ষতাম্ ॥৮২॥
এবমুক্ত্বা ততো বাক্যং তিষ্ঠংশ্চাপবরাসিমান্। ন স্মাশক্যত বীভৎসুঃ কেনচিৎ প্রসমীক্ষিতুম্ ॥৮৩॥
তমন্তকমিব ক্রুদ্ধং নিশ্বসন্তং মুহুর্মুহুঃ। পুত্রশোকাভিসন্তপ্তমশ্রুপূর্ণমুখং তথা ॥৮৪॥
ন ভাষিতুং শক্নুবন্তি দ্রষ্টুংবা সুহৃদোঽর্জ্জুনম্। অন্যত্র বাসুদেবাদ্বা জ্যেষ্ঠাদ্বা পাণ্ডুনন্দনাৎ ॥৮৫॥

( যুগ্মকম্ )

---

ঈপা পাণ্ডুগী মচাশিংনা, পাঞ্চালগী রথী অকন্‌বশিংনা
ঈচাদুমত্তবু ঙাক্‌পি শেন্‌বিবা, ঙম্বিরোই—হায়বসি খঙজরম্নবদি
নারায়ণী তেঙ্গোল শোক্ক শোক্কনা, ঈচাবু কঞ্জরম্‌গদবনি ঈথন্তনা ॥৭৮॥
অস্তুক্‌য়াম্ব ময়াম্‌সিনা, রথরথদা কাখৎতুনা
তেম্না নোংচুবগুম হৈথরবদা, জগৎকী করম্ব য়েক্কবনা
লালগী নিয়ম থাদোক্ত্না, ঈচাবু লান্দা হাৎখিনি ? ॥৭৯॥
অঙকৃপনি ! খঙলে, ময়াম্‌গী, থৌনা মরিল্ তেংনা খঙজরে।
অরেম্বদ অকন্‌বা হায়নহনবিরে, পাঙ্গল থৌনা লোইনখঙলে!
পাঙ্গল থৌনা করিমত লৈবিদ্রে, হায়জনীঙিঙ ঐহাক্না।
নঙ্গ্রবদবু'স্মুক্‌য়াম্ব অকনবশিংগী, মমাঙদ ঈচাবু করম্ হাৎকনি ? ॥৮০॥

"ঐনা ঈশা ইথন্তবু নিন্দা তৌজরি, ঈশা ইথন্তবু খিকার তৌজরি। মরম্‌দি নিপাথোক্‌পগী থৌদাং উৎঙম্‌দবা, হায়নখিবা তৌঙম্‌দবা, কনবনি হায়না নাপল্ তৌবিরিবা ময়াম্‌গী মথক্ত য়াম্ব'বু ঙাক্কনবগী থবক শিনরম্বা ঐ অসে অসিমুক্ পঙবা লৈরম্‌দ্রে ॥৮১॥ অকনবা ময়াম্না ঈচা অঙাং অমত্তবু কনবা ঙম্বিরম্‌দবসিনদি, ময়াম্না থোনবি-শেৎপিরিবা লালগী কীজোল্‌শিংসে, তুক্ কজনবা শেৎপদা তারে! "শোকননি, থেংননি" হায়না লাউবিরম্ব পুম্ব তৌশিন্নবনি! চীনবাস্তোংগী চীনকেন কবতনি!" ॥৮২॥ অসি হায়দুনা অশাউবনা মীত্তা ঈ কাদুনা ময়া ক্রক্ ক্রক্ চীক্ত্না, নীরুং তেল্ পায়খত্ত্না শাউনা থক্‌থক্ নীক্ত্না লেপ্পা মতম্‌দা, কনানসু অর্জ্জুন-লোম্‌দা হংগৎনা য়েংবা ঙম্‌খিদে ॥৮৩॥ মতম্ অদুদা অর্জ্জুননা মচা কায়নবগী মৈচাক্না থম্মোয় থক্ থক্ কংখিদুনা, মপি তরং তরং চেন্দুনা, যমরাজগী মতৌঙম্ সুংশামপী ফুইনফুইনা হোন্দুনা চপ্ লেপ্ত্না লৈবা মতম্‌সিদা যুধিষ্ঠিরগা কৃষ্ণগা অনীসি নত্তনা, কনামত চেক্‌খোক্

সর্ব্বাস্ববস্থাসু হি তাবর্জ্জুনস্য মনোঽনুগৌ । বহুমানাৎ প্রিয়ত্বাচ্চ তাবেনং বক্তুমর্হতঃ ॥৮৬॥
ততস্তং পুত্রশোকেন ভৃশং পীড়িতমানসম্ । রাজীবলোচনং ক্রুদ্ধং রাজা বচনমব্রবীৎ ॥৮৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
প্রতিজ্ঞায়ামর্জ্জুনবিলাপে চতুঃষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

লাউবা ঙম্‌খিদে ॥৮৪—৮৫॥ মরম্‌দি কৃষ্ণগা যুধিষ্ঠিরগা অনীসিতদি মতম্ অয়াম্বদা অর্জ্জুননা হায়বত অচুম্বনি হায়না লৌরম্মি। অদুগা অর্জ্জুননসু অনীসিবুদি, থর কিনা লুনা চৎলি। অদুগা অনীসিনসু অর্জ্জুনবুদি য়াম্ন তরাম্ তরাম্ন নুংশিনা তৌই। অদুনা কৃষ্ণ যুধিষ্ঠির অনী সিতদি অর্জ্জুনদা খোগাক্ নাইদনা ঙাঙবা শক্‌পা ঙম্মি ॥৮৬॥ মচা কায়নবগী রারবা, মীনা লাক্‌চবা য়াদবা, শাউবনা মীৎ অনীহু থম্বাল লৈনাগী মতৌগুম ঙাঙলব। মনাও অর্জ্জুনবু য়েংদুনা যুধিষ্ঠিরনা তপ্ন অম্মুম্না হায়বক্‌ই ॥৮৭॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা "প্রতিজ্ঞা"গী মনুংদা অর্জ্জুনবিলাপকী হুম্ফূমরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## পঞ্চষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ

### হুম্ফুমঙাশুবা অধ্যায়ঃ

( যুধিষ্ঠিরনা অর্জ্জুনদা অভিমন্যু বধগী মথং মতাং শন্না লীবা )

---

যুধিষ্ঠির উবাচ ।

ত্বয়ি যাতে মহাবাহো । সংশপ্তকবলং প্রতি । প্রযত্নমকরোত্তীব্রমাচার্য্যো গ্রহণে মম ॥১॥
ব্যূঢানীকং বয়ং দ্রোণং বরয়ামঃ স্ম সর্ব্বশঃ । প্রতিব্যূহ্য রথানীকং যতমানং তথা রণে ॥২॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায় ঃ—অকনবা ! অর্জ্জুন ! নহাক্না সংশপ্তক-লাম্মী মপেরোমদা হেক চৎখি-বদুমতুদা দ্রোণাচার্য্যনা ঐবু ফাগদবগী য়াম্ন কন্না হোৎনখি ॥১॥ দ্রোণনা ওম্থোকপা বেহু অম শাহুনা, মাহুদা অকনবা লাম্মী পুন্নমক্ থম্‌হুনা ঐখোয়রোম্‌দা আক্রমণ কন্ন তৌশিন্নকৃপা

স বার্য্যমাণো রথিভির্যত্নি চাপি সুরক্ষিতে। অস্মানভিজগামাশু পীড়য়ন্ নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥৩॥
তে পীড্যমানা দ্রোণেন দ্রোণানীকং ন শক্নুমঃ। প্রতিবীক্ষিতুমপ্যাজৌ ভেত্তুং তৎ কুত এব তু ॥৪॥
বয়ং ত্বপ্রতিমং বীর্য্যে সর্ব্বে সৌভদ্রমাত্মজম্। উক্তবন্তঃ স্ম তং তাত! ভিন্ধ্যনীকমিতি প্রভো! ॥৫॥
স তথা চোদিতোঽস্মাভিঃ সদশ্ব ইব বীর্য্যবান্। অসহ্যমপি তং ভারং বোঢ়ুমেকঃ প্রচক্রমে ॥৬॥
স তবাস্ত্রোপদেশেন বীর্য্যেণ চ সমন্বিতঃ। প্রাবিশত্তদ্বলং বালঃ সুপর্ণ ইব সাগরম্ ॥৭॥
তেঽনুযাতা বয়ং বীরং সাত্বতীপুত্রমাহবে। প্রবেষ্টুকামাস্তেনৈব যেন স প্রাবিশচ্চমূম্ ॥৮॥
ততঃ সৈন্ধবকো রাজা ক্ষুদ্রস্তাত! জয়দ্রথঃ। বরদানেন রুদ্রস্য সর্বান্ নঃ সমবারয়ৎ ॥৯॥
ততো দ্রোণঃ কৃপঃ কর্ণো দ্রৌণিঃ কৌশল্য এব চ। কৃতবর্ম্মা চ সৌভদ্রং ষড়্রথাঃ পর্য্যবারয়ন্ ॥১০॥
পরিবার্য্য তু তৈঃ সর্ব্বৈর্যুধি বালো মহারথৈঃ। যতমানঃ পরং শক্ত্যা বহুভির্বিরথীকৃতঃ ॥১১॥
ততো দৌঃশাসনিঃ ক্ষিপ্রং তথা তৈর্বিরথীকৃতম্। সংশয়ং পরমং প্রাপ্য দিষ্টান্তেনাভ্যযোজয়ৎ ॥১২॥

---

মতম্ অদুদা ঐখোয়স্থ পরাই খুবাক্তা হাপ্তুনা মখোয়বু থিংননবা, ঙাকৃথোক্লনবা হোৎনরম্মি ॥২॥ ঐখোয়গী পাক্কগী রথীশিংনা কন্না থিংহুনা, থম্নবদা ঐবু মখোয়না ঈকোয় কোয়শিন্ন ঙাকৃশেন্দুনা থম্লবদা, দ্রোণাচার্য্যনা ঐখোয়রোমদা থৌর থৌরবা তেল মনম্ মনম্ কাপশিল্লক্লুনা থুনা য়াওনা ফুজিল্লকৃই ॥ দ্রোণনা মতৌ অসুম্না ঐখোয়বু নৈরকলবা মতম্সিদা, ঐখোয়গী মরক্তা কনানস্থ দ্রোণরোম্দা হঙ্গৎনা য়েংবা ঙম্লক্তে, অদুনদি, মহাক্কী বেহু অদুবু নম্‌খায়দুনা ঐখোয়না করম্ চঙবা ঙমগদগে! ॥৪॥ মতম্ অদুদা তোনিঙাই গাত অমত নৈরক্লুবা ঐনা নচা অকন্‌বা "অভিমন্যু! বেহু অসি নহাক্ থুগাইনবা তৌ"—হায়না হেক্ হায়জিল্লুরে ॥৫॥ ঐখোয়না অসুম্ হায়ববা মতমদা, হৈরবা, মন্ন থীওলবা, মরিল নৈরবা শগোলগুম্বা অভিমন্যুনা করিমত য়েৎপা চিংনবা তোদনা বেহু মনুংদা চঙগদবগী মক্তি হেক্ত শেম্মি ॥৬॥ অদুদগী গরুড়না মপাম্মাইঙ্গবা ঈপাকৃথক্ত পাইশিন ফুজিন্‌খিবগুম্, অভিমন্যুনা চক্রগী মওংদা লেপ্তুনা পৈক্লুনা লৈরিবা কৌরব লান্মী মপৈ অদোম্দা ফুজিনখি। নহাক্তা থুৎলায়গী বিদ্যা পুম্বা শুনা তম্বিহুনা হৈরবা অভিমন্যুনা অঙাং ওইনমক্ অকিঅথং নৈতনা কৌরব লান্মী মপৈদুগী মনুংদা হোক্তিনখ্রে ॥৭॥ অদুদগীদি ঐখোয়স্থ লালগী হৌনবী পুম্বা থুনা য়াওনা শেম্‌শাহুনা মাগী মতুংদা প্রপ্রপ্ হেক্ ইরে ॥৮॥ ঈবুঙো! অর্জুন! পুক্‌চেল্ পীক্লবা শা জয়দ্রথ হায়বদুনা মহাদেবগী বরগী শক্তিনা ঐখোয় অদুক য়াম্ববু মখক্তনা লাংহুনা থমখি ॥৯॥ অসুম্না ঐখোয়না মপান্দা লৈরিঙৈদা দ্রোণ, কৃপ, কর্ণ, বৃহদ্বল, কৃতবর্ম্মা—হায়রিবা মহারথী তরুক্ অসিনা ঈচা অভিমন্যুবু পুম্‌কোয় কোয়শিন্‌খ্রে ॥১০॥ মতৌ অসুম্না অকনবা য়েক্লবশিং অসিনা কোয়শিনগ্লবদা অকন্‌বা অভিমন্যুনা মখোয়বু হল্ল হল্ল মায়থীবা পীখিদি হায়ববু মখোয়না মতুংদা অভিমন্যুবু রথ য়াওদবা থোক্তমী ওইহনখি। অদুগী তুংদা দুঃশাসনগী মচানা নায়োন্দা চেল্‌শিন্নক্লুনা, অভিমন্যুবু হাৎখি ॥১১॥ ওহোকৃপনি!

স তু হত্বা সহস্রাণি নরাশ্বরথদন্তিনাম্ । অষ্টৌ রথসহস্রাণি নব দন্তিশতানি চ ।
রাজপুত্রসহস্রে দ্বে বীরাংশ্চালক্ষিতান্ বহূন্ ।১৩।
বৃহদ্বলঞ্চ রাজানং স্বর্গেণাজৌ প্রযোজ্য হ । ততঃ পরমধর্ম্মাত্মা দিষ্টান্তমুপজগ্মিবান্ ।১৪। ( যুগ্মকম্ )
এতাবদেব নির্বৃত্তমস্মাকং শোকবর্দ্ধনম্ । স চৈবং পুরুষব্যাঘ্রঃ স্বর্গলোকমবাপ্তবান্ ।১৫।
ততোঽর্জ্জুনো বচঃ শ্রুত্বা ধর্ম্মরাজেন ভাষিতম্ । হা পুত্র ইতি নিশ্বস্য ব্যথিতো ন্যপতদ্ভুবি ।১৬।
বিষণ্ণবদনাঃ সর্বে পরিগৃহ্য ধনঞ্জয়ম্ । নৈত্রৈরনিমিষৈর্দীনাঃ প্রত্যবৈক্ষন্ পরস্পরম্ ।১৭।
প্রতিলভ্য ততঃ সংজ্ঞাং বাসবিঃ ক্রোধমূর্চ্ছিতঃ । কম্পমানো জ্বরেণেব নিশ্বসংশ্চ মুহুর্মুহুঃ ।১৮।
পাণিং পাণৌ বিনিষ্পিষ্য শ্বসমানোঽশ্রুনেত্রবান্ । উন্মত্ত ইব বিপ্রেক্ষন্নিদং বচনমব্রবীৎ ।১৯। (যুগ্মকম্)
সত্যং বঃ প্রতিজানামি শ্বোঽস্মি হন্তা জয়দ্রথম্ । ন চেদ্বধভয়াদ্ভীতো ধার্ত্তরাষ্ট্রান্ প্রহাস্যতি ।২০।
ন চাস্মান্ শরণং গচ্ছেৎ কৃষ্ণং বা পুরুষোত্তমম্ । ভবন্তং বা মহারাজ ! শ্বোঽস্মি হন্তা জয়দ্রথম্ ।২১।
ধার্ত্তরাষ্ট্রপ্রিয়করং ময়ি বিস্মৃতসৌহৃদম্ । পাপং বালবধে হেতুং শ্বোঽস্মি হন্তা জয়দ্রথম্ ।২২।

---

ধর্ম্মচেল্লবা, কল্লবা ঈচ। অভিমন্যুনা অহানবদা শগোল শামু রথী মহারথীশিংবু মশীং লাকৃওমদনা হাৎলগা অত্তুগী তুংদা রথী লিশিং নিপান, নিংথৌ মচা অকন্বা লিশিং অনী, মশীং লাকৃওমদবা অকন্বা কয়া কয়াগী মথরাই লৌরগা, অত্তুগা মমিং চৎলবা নিংথৌ বৃহদ্বলবুসু মথরাই লৌরমগা লালৃকম্ থাদোক্লুনা মর্ত্ত্যলোক অসিদগী নোংগাখি ॥১২-—১৪॥

অর্জ্জুন ! ঐনা লীরিবা অসি ফাওনদা, অরাবগী থোদোক্ অসি লোইরে মতৌ অসুম্না নিপা অথোইবা, অভিমন্যু হায়বদো নোংগাখি ॥১৫॥ রারী তাবদা, "হা ঈপাগী ঈবুঙো !" অসুম্না তেংথা নাওইনা কপ্লুনা অর্জ্জুন অসি মচা কায়নবগী মৈচাক্ খাঙবা ভমদহুনা লৈমায়-থক্তা রাম্বহুনা তাখি। ॥১৬॥ মতম্ অত্তুদা, মায়থোং লাংশিল্লবা, মপিনা মীৎলু কুপথ্রবা মীয়াম্ অত্তুনা অর্জ্জুনগী মতৌ অত্তু উবদা অমগমগা য়েংনদনা চেদা য়েক্পা লাইঙম্না লৈনখি ॥১৭॥ ডহাক্ লৈরগা অর্জ্জুন অসি জ্ঞান তারকৃই। শাউবনা লৈকম্ খঙদহুনা, মশা থক্ থক্, নিক্লুনা মুংশা মপী ফুইনা ফুইন হোন্দুনা, মথুং কুক্ কুক্ তক্লুনা, নোইদুনা, অঙাওবগী মতৌগুম্না, অকিবগী মশক ওইরবা কিভমদা, মমীত্তগী মপি শিন্থহুনা অসুম্না হায়রকই :— ॥১৮—১৯॥ অকন্বশা ! ঐ ময়াম্গী মাঙদা রাশকৃলি। জয়দ্রথনা করিগুম্বা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংবু থাদোক্লুনা লালকমদগী মথরাই পুহুনা চেনখিদ্রবদি, হয়েংগী মনুংদা ঐ মাবু শোয়দনা হাৎকনি ॥২০॥ মহারাজ ! য়াম্বুংগী নত্রগা কৃষ্ণগী নত্রগা ঐগী নাক্ত হোচ্চিঞ্জরক্লুনা শরণাগত ওইরদ্রবদি, সত্যন সাক্ষী ওইসনু, ঐ হয়েংমক্ মাবু হাৎকে ॥২১॥

কত্রবা দুর্য্যোধনগী মীচঙ্ ওইরগা।
মথরাই কনবিখিবা মরূপ ঐবু কাউগ্রবা !

রক্ষমাণাশ্চ ত্বং সংখ্যে যে মাং যোৎস্যন্তি কেচন। অপি দ্রোণকৃপৌ রাজন্। ছাদয়িষ্যামি তান্ শরৈঃ ॥২৩॥
যদ্যেতদেবং সংগ্রামে ন কুর্য্যাং পুরুষর্ষভাঃ। মাস্ম পুণ্যকৃতাল্লোঁকান্ প্রাপ্নুয়াং শূরসম্মতান্ ॥২৪॥
যে লোকা মাতৃহন্তৃ‍ণাং যে চাপি পিতৃঘাতিনাম্। গুরুদাররতানাং যে পিশুনানাঞ্চ যে তথা ॥২৫॥
সাধুনভ্যসূয়তাং যে চ যে চাপি পরিবাদিনাম্। যে চ নিক্ষেপহর্ত্তৃ‍ণাং যে চ বিশ্বাসঘাতিনাম্ ॥২৬॥
ভুক্তপূর্ব্বাং স্ত্রিয়ং যে চ নিন্দতামঘশংসিনাম্। ব্রহ্মঘ্নানাঞ্চ যে লোকা যে চ গোঘাতিনামপি ॥২৭॥
পায়সং বা যবান্নং বা শাকং কৃশরমেব বা। সংযাবাপূপমাংসানি যে চ লোকা বৃথাশ্নতাম্।
তানহ্নৈবাধিগচ্ছেয়ং ন চেদ্ধন্যাং জয়দ্রথম্ ॥২৮॥ (কলাপকম্)
বেদাধ্যায়িনমত্যর্থং শংসিতং বা দ্বিজোত্তমম্। অবমন্যমানো যান্ যাতি বৃদ্ধান্ সাধূংস্তথা গুরূন্ ॥২৯॥
স্পৃশতো ব্রাহ্মণান্ গাশ্চ পাদেনাগ্নিঞ্চ যা ভবেৎ। অপ্সু শ্লেষ্মপুরীষং বা মূত্রং বা মুঞ্চতাং গতিঃ

---

অত্তাং অমবু ময়াম্ চঙ্গনা হাৎপদা
অহানবা মরম্ ওইরবা কত্রবা
মহাপাপী মাবু হাৎকনি ঐনা ॥২২॥
জয়দ্রথবু কনগে হায়রনা লাকপা
মরোল অহুমগী অকনবা পুম্বা
লাকসমু মখোয়বুসু হাৎকনি,
গুরুদ্রোণ-কৃপাচার্য্য, কর্ণ ওইগে ওইসনু
মখোয়বুসু খুদক্ত নোংগাহনখিগে-তেম্ন মশা য়োমহনগে।
লেগুত্রবা রাশকনি অর্জ্জুনগী ॥২৩॥
সত্যনা সাক্ষী ওইসনু, মরোল অহুম্ তাহৌরো।
ঐনা হায়রিবসিবু মতৌত্রবা,
লালকম্দা অকনবশিংনা কংখিবা
পুণ্যলোকতু ওইসনু কংদবা। ॥২৪॥
হয়েংগী নুংমিত্ত ঐহাক্না, জয়দ্রথবু হাৎপা মতমত্রবা
মমা হাৎপা-মপা হাৎপা গুরুগী পত্নীদা চঙ্গবা
তৌবিমল খঙদবা সাধুবু নৈবা, মীগী তুংদা নিন্দা তৌগনবা
মীনা লোচ্চবা হুরানবা, উনপ্রবা লুপীগী মিংথিহনবা
শল ব্রাহ্মণদা হিংসা তৌবা অতিথিবু নমথাক্ তৌরগা
অহাউ অথুম মথম্ভনা চাবা তাগে নরকতা মখোয়না তাবা ॥২৫—২৮॥
হয়েংগী নুমিত্ত জয়দ্রথবু, ঐনা হাৎপা মতমত্রবা,

তাং গচ্ছেয়ং গতিং ঘোরাং ন চেদ্ধন্যাং জয়দ্রথম্ ॥৩০॥

নরস্য আয়মানস্য যা চ বন্ধ্যাতিথের্গতিঃ । উৎকোচিনাং মৃষোক্তীনাং বঞ্চকানাঞ্চ যা গতিঃ ।
আত্মাপহারিণাঞ্চৈব যা চ মিথ্যাভিশংসিনাম্ ॥৩১॥

ভৃত্যৈঃ সংবদমানানাং পুত্রদারাশ্রিতৈস্তথা । অসংবিভজ্য ক্ষুদ্রাণাং যা গতির্মিষ্টমশ্নতাম্ ।
তাং গচ্ছেয়ং গতিং ঘোরাং ন চেদ্ধন্যাং জয়দ্রথম্ ॥৩২॥ ( যুগ্মকম্ )

শীতভীতাশ্চ যে বিপ্রা রণভীতাশ্চ ক্ষত্রিয়াঃ । গচ্ছেয়ং তদ্‌গতিং ঘোরাং ন চেদ্ধন্যাং জয়দ্রথম্ ॥৩৩॥

সংশ্রিতঞ্চাপি যস্ত্যক্ত্বা সাধুং তদ্বচনে রতম্ । ন বিভর্তি নৃশংসাত্মা নিন্দতে চোপকারিণম্ ॥৩৪॥

অর্হতে প্রাতিবেশ্যায় শ্রাদ্ধং যো ন দদাতি চ । অনর্হতে চ যো দদ্যাদ্‌বৃষলীপত্যয়ে তথা ॥৩৫॥

মদ্যপো ভিন্নমর্য্যাদঃ কৃতঘ্নো ভ্রাতৃনিন্দকঃ । তেষাং গতিমিয়াং ক্ষিপ্রং ন চেদ্ধন্যাং জয়দ্রথম্ ॥৩৬॥
( বিশেষকম্ )

---

ব্রতকনবা বেদপাঠী ব্রাহ্মণ, অহল্লমণ গুরুজনবু নিন্দা তৌবা
মখোয়সিনা তাখিবা নরকতা, ওইসনু ঐহু মাতুদা তাবা ॥২৯॥
হয়েংগী নুমিত্ত জয়দ্রথবু, ঐনা হাৎপা মতমতবা,
মখোতনা শল্ ব্রাহ্মণদা শোকপ, ঈশিংদা অমাংশোয় তৌশিন্‌বা
মখোয়না তাখিবা নরকতা, ওইসনু ঐহু মাতুদা তাবা ॥৩০॥
হয়েংগী নুমিত্তা জয়দ্রথবু ঐনা খিত্ত মহাত্রবা
মকি মযোল য়াওদনা ইরুবা, চাহন্দনা অতিথিবু থাদোকৃখিবা,
মনুংদা শেঙ্গাবা চীয়োস্তৌবা, নমথাক্ তৌবা মীনম্বা
লীকৃমন্দুনা মশাবু রাহন্‌বা মীনম্বা সাক্ষী ওইরুবা
মনাইমশল্ নুপীদা, অঙাংদা খোন্দা থীবা তম্‌থিবা
মনাই মশন্দ যেনবিদনা হায়া মশামক্রা চাখোক্‌পা
মখোয়না তাখিবা নরকতা ওইসনু ঐহু তাখিবা ॥৩১—৩২॥

হয়েংগী নুমিত্ত ঐহাক্না　　জয়দ্রথবু মহাত্রবা
অচীক্ অশা কিগন্‌বা ব্রাহ্মণ,　　লালবু কিগনবা ক্ষত্রিয়গী মচা
মখোয়না তাখিবা নরকৃতা,　　ঐহাক্‌সু ওইপ্রসনু তাখিবা ॥৩৩॥

তৌবিমল খঙত্রবা, তম্‌থিয়বা, চঙজরবা মীবু তাস্থোক্‌পা, মানা হায়বত ইন্দুনা লৈবা মনায় মশলবু তাস্থোক্‌পা, থৌওইবিদবা, চঙজরক্রবা মীবু য়োকৃপি-থাকৃপিদবা মনাক্ত লৈবা গুণ লৈয়বা ব্রাহ্মণদা দান-ধর্ম্ম তৌত্রবা, খঙন-চায়বনি হায়তুনা মগুণ লৈত্রবা, অরায় ব্রাহ্মণদা দান তৌবা, অদু নত্রগা শূদ্রগী মপুরোয়বদা দান তৌবা, ময়ায়কাবা য়ুনচিংবা থকৃপা, গুরুজনগী লৈখা তাহনবা কায়বত তৌজবা মীগী কস্তনবা শীনবা, দোষ লৈজদবা মনাওবু নত্রগা ময়াম্বু নিন্দাতৌবা

ধর্ম্মাদপেতা যে চান্যে ময়া নাত্রানুকীর্ত্তিতাঃ। যে চানুকীর্ত্তিতাঃ ক্ষিপ্রং গতিং তেষামবাপ্নুয়াম্ ॥৩৭॥
যদি বুষ্টামিমাং রাত্রিং শ্বো ন হন্যাং জয়দ্রথম্। ইমাঞ্চাপাপরাং ভূয়ঃ প্রতিজ্ঞাং মে নিবোধত ॥৩৮॥
যদ্যস্মিন্নহতে পাপে সূর্য্যোঽস্তমুপযাস্যতি। ইহৈব সংপ্রবেষ্টাস্মি জ্বলিতং জাতবেদসম্ ॥৩৯॥

অসুরসুরমনুষ্যাঃ পক্ষিণো বোরগা বা পিতৃরজনিচরা বা ব্রহ্মদেবর্ষয়ো বা।
চরমচরমপীদং যৎ পরঞ্চাপি তস্মাত্তদপি মম রিপুং তং রক্ষিতুং নৈব শক্তাঃ ॥৭০॥
যদি বিশতি রসাতলং তদগ্র্যং বিয়দপি দেবপুরং দিতেঃ পুরং বা।
তদপি শরশতৈরহং প্রভাতে ভৃশমভিপত্য রিপোঃ শিরোঽভিহর্ত্তা ॥৪১॥

এবমুক্ত্বা বিচিক্ষেপ গাণ্ডীবং সব্যদক্ষিণম্। তস্য শব্দমতিক্রম্য ধনুঃশব্দোঽস্পৃশদ্দিবম্ ॥৪২॥
অর্জ্জুনেন প্রতিজ্ঞাতে পাঞ্চজন্যং জনার্দ্দনঃ। প্রদধ্মৌ তত্র সংক্রুদ্ধো দেবদত্তঞ্চ ফাল্গুনঃ ॥৪৩॥

স পাঞ্চজন্যোঽচ্যুতবক্ত্রবায়ুনা ভৃশং সুপূর্ণোদরনিঃসৃতধ্বনিঃ।
জগৎ সপাতালবিয়দ্দিগীশ্বরং প্রকম্পয়ামাস যুগাত্যয়ে যথা ॥৪৪॥

---

—মখোয়সিনা তাখিবা নরকতা ঐস্নু জয়দ্রথ হাৎপা ঙম্দ্রবদি তাপ্রসনু ॥৩৪—৩৬॥ ঐনা মথক্ত হায়খ্রিব অসি নত্তবা অতৈ অতৈ ধর্ম্ম কায়রবা মীশিংনা কংবা অরাবা অমদি নরক অদু ঐস্নু কংবা অমদি মাচুদা তাখিবা ওইসনু ॥৩৭॥

ঙসি অহিংসি লেল্লগা, হয়েং নোংঙাল্লক্পদা
জয়দ্রথবু ঐনা মহাত্রবা অদু ওইরবদি রাশক্সিমগা
ময়াম্না পূক্নীং চঙনা তাবিয়, মথং মীৎনা হায়জগে ॥৩৮॥

হয়েংগী মুমিত্তা জয়দ্রথ হাত্রিদ্রৈদা, মুমিৎ তাবনা হানগ্রবা
অদু ওইরবদি ঐগী লাল্শং ময়াদা, মৈস্নুংদা ঐ চোংশিনগনি ॥৩৯॥

লাইহিংচাবা, তাইবং মী, শিল্ উচেক্, ব্রহ্মর্ষি, দেবর্ষি অসিনত্তবা জগত্ত হেক্ লৈরিবা অচঞ্চত্ত পুম্বগী মনুংদা কনাগুম্বনা নত্রগা হায়রিবশিং অসিনা পুল্লপা অর্জ্জুন ঐগী খুত্তগী জয়দ্রথবু কন্‌বা ঙম্লোই ॥৪০॥

হয়েংগী অস্নুংদা জয়দ্রথনা, পাতালদা নত্রগ নোংমদোঙ্ক
ইন্দ্রপুরদা নত্রগা দৈত্যপুরদা করিগুম্ব মফমদা চৎপ্রবস্‌
মকম্ অদুদা ঐস্নু য়েৌদুনা, মহাক্কী মণক্ক ককনি ॥৪১॥

অসি হায়দুনা অর্জ্জুননা য়েৎলোম্ ওইরোম্দা গাণ্ডীব লীক্কংক্ক কোয়রৈ লৈনা পায়দুনা লীরী কম্ব থীঙখি। লীরী খোজেম্না অর্জ্জুনগী খোঞ্জেলদগীস্নু হেন্দোক্ল[illegible]না নোংমদোঙ্ক য়ৌনা পুম্নিননিন্‌খি ॥৪২॥ অর্জ্জুননা অস্নুরা রাশক্লবতুংদা থোইদোক্না শা[illegible]বা কৃষ্ণস্নু পাঞ্চজন্য কৌবা মোইবুং অদু খোংগৎখি। অর্জ্জুননা দেবদত্ত খোংগৎখি ॥৪৩॥ অদুগী তুংদা কৃষ্ণগী মুংশাশোয়গী মুংশিৎনা

ততো বাদিত্রঘোষাশ্চ প্রাদুরাসন্ সমন্ততঃ। সিংহনাদাশ্চ পাণ্ডূনাং প্রতিজ্ঞাতে মহাত্মনা ॥৪৫॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
প্রতিজ্ঞায়ামর্জ্জুন প্রতিজ্ঞায়াংপঞ্চষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ।০। *

---

মখুক্ খল্লবা মোইবুং অতুগী খোঞ্জেল্লা খারাং থকখা মায়কৈ তরাবু পুন্নিন্ নিল্লহন্নুনা পৃথ্বা অসিবু থক থক নীকহনখি ॥৪৪॥ অর্জ্জুননা অসুম্না রাশল্লবদা পাণ্ডবশিংনা অমদি পাণ্ডব পক্ষগী লান্মীশিংনা মাগী মাগী যন্ত্র খোংগৎনখি—নৈখি, সিংহনাদ লাউনখি ॥৪৫॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা প্রতিজ্ঞাদা অর্জ্জুন প্রতিজ্ঞাগী হুম্ফুমঙাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ষট্ষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ।

হুম্ফুতরুকশুবা অধ্যায়

( জয়দ্রথবু থেম্জনবা মতাং )

——:(০):——

সঞ্জয় উবাচ।

শ্রুত্বা তু তং মহাশব্দং পাণ্ডূনাং জয়গৃদ্ধিনাম্। চারৈঃ প্রণিহিতে তত্র সমুত্থায় জয়দ্রথঃ ॥১॥
শোকসংমূঢ়হৃদয়ো দুঃখেনাভিপরিপ্লুতঃ। মজ্জমান ইবাগাধে বিপুলে শোকসাগরে।
জগাম সমিতিং রাজ্ঞাং সৈন্ধবো বিমৃশন্ বহু ॥২॥ ( যুগ্মকম্ )
স তেষাং নরদেবানাং সকাশে পরিদেবয়ন্। অভিমন্যোঃ পিতুর্ভীতঃ সব্রীড়ো বাক্যমব্রবীৎ ॥৩॥

---

সঞ্জয়না হায় ঃ—জয় ওইগে খল্লবা পাণ্ডবশিং অমদি পাণ্ডবলান্মীশিংগী খোল্লাউ—ইনিন্ অসি তাবদা, অর্জ্জুননা মতৌ অসুম্না রাশকপ্রে হায়বা পাউ অসি লাঞ্জাবশিংগী মচীন্দগী তাবদা, সিন্ধুরাজ জয়দ্রথনা ফুক্ হৌগৎতুনা থোইদোক্না দুখনা থিখিজুনা, পাক-চাউরবা অরাবগী ঈপাক্ত কুপ্পুনা, চিন্তা তৌনা রাজসভাদা থুংগে ॥১—২॥ অভিমন্যুবু পোকপা মপা অকনবা

যোঽসৌ পাণ্ডোঃ কিল ক্ষেত্রে জাতঃ শক্রেণ কামিনা। স নিনীষতি দুর্ব্বুদ্ধির্মাং কিলৈকং যমক্ষয়ম্।
তৎ স্বস্তি যোঽস্তু যাস্যামি স্বগৃহং জীবিতেপ্সয়া ॥৪॥

অথবাস্ত্রপ্রতিবলাস্ত্রাত মাং ক্ষত্রিয়র্ষভাঃ। পার্থেন প্রার্থিতঃ বীরাস্তে সংদত্ত মমাভয়ম্ ॥৫॥
দ্রোণদুর্য্যোধনকৃপাঃ কর্ণমদ্রেশবাহ্লিকাঃ। দুঃশাসনাদয়ঃ শক্তাস্ত্রাতুমপ্যন্তকার্দ্দিতম্ ॥৬॥
কিমঙ্গ। পুনরেকেন ফাল্গুনেন জিঘাংসতা। ন ত্রায়েয়ুর্ভবন্তো মাং সমস্তাঃ পতয়ঃ ক্ষিতেঃ ॥৭॥
প্রহর্ষং পাণ্ডবেয়ানাং শ্রুত্বা মম মহদ্ভয়ম্। সীদন্তি মম গাত্রাণি মুমূর্ষোরিব পার্থিবাঃ। ॥৮॥
বধো নূনং প্রতিজ্ঞাতো মম গাণ্ডীবধন্বনা। তথাহি হৃষ্টাঃ ক্রোশন্তি শোককালে হি পাণ্ডবাঃ ॥৯॥
তন্ন দেবা ন গন্ধর্বা নাসুরোরগরাক্ষসাঃ। উৎসহন্তেঽন্যথা কর্ত্তুং কুত এব নরাধিপাঃ ॥১০॥
তস্মাম্মামনুজানীত ভদ্রং বোঽস্তু নরর্ষভাঃ। অদর্শনং গমিষ্যামি ন মাং দ্রক্ষ্যন্তি পাণ্ডবাঃ ॥১১॥
এবং বিলপমানং তং ভয়াদ্ব্যাকুলচেতসম্। আত্মকার্য্যগরীয়স্ত্বাদ্রাজা দুর্য্যোধনোঽব্রবীৎ ॥১২॥
ন ভেতব্যং নরব্যাঘ্র। কো বি ত্বাং পুরুষর্ষভ।। মধ্যে ক্ষত্রিয়বীরাণাং তিষ্ঠন্তঃ প্রার্থয়েদ্‌যুধি ॥১৩॥

অর্জ্জুনবু কিবদগী, মপি তন্নং তরং চেন্দুনা কপ্প লাউনা, ইকায়বা খঙদবগুম্না জয়দ্রথনা ময়াম্‌দা অস্সুম্না হায়রকই :—॥৩॥ পাণ্ডুগী লোয়নবী কুন্তীগী গর্ভদা, কত্রবা, ইন্দ্রিয় খুত্থম্‌চনবা ওম্‌দ্রবা ইন্দ্রনা পোকপা অর্জ্জুন হায়বসিনা ঐবু যমালয়দা থাগে খল্লি। অদুনা ময়াম্‌গী মঙ্গল ওইসন্নু, ঐ লাল্‌ অসি থাদোক্কনা ঐগী দেশদা হন্‌থ্রগে ॥৪॥ নত্ত্রে হায়রগা অকন্‌বশা। ময়াম্‌ পুম্বা খুৎলায় পায়খৎতূনা ঐগী অকোয়বদা লেপ্পিদুনা ঐগী থরাই কনবিয়ু, ঐগী পুন্সীং থৌগৎপিয়ু ॥৫॥ দ্রোণ, দুর্য্যোধন, কৃপাচার্য্য কর্ণ, শল্য, বাহ্লিক, দুঃশাসন—হায়রিবা অকনবশিং অসিনা পুল্লপ্প কনবিগে হায়রবদি কনবা ঙম্বিগনি ॥৬॥ অর্জ্জুন মথন্তনা ঐবু হাৎকে হায়না হোক্চিল্লক্লবদা, অকনব। ময়াম্না ঐ ইথন্তবু কনবা ঙম্বিরয়োইদ্রা ? ॥৭॥ অদুমদি ওইরবদা পাণ্ডবশিংগী নুংঙাইবগী খোল্লাউ অসি তাবদা ঐগী থম্মোয়দা মিপাইবা অকিবা পোক্লে। শিরম্‌দাই য়োরবা মীগী হকচাংগী মতৌগুম্না হকচাং কায়াৎ পুম্বা চোক্‌থত্রে ॥৮॥ অর্জ্জুননা ঐবু শোয়দনা হাৎকনি হায়দুনা য়াশক্‌ত্রে। প্রমাণ হায়ববু য়েংবিয়ু—অভিমন্যু শিবগী য়ায়গদব মতম্‌সিদা পাণ্ডব লাম্মীশিংনা হয়াউ তয়াম্না নোক্‌থোরক্লি ॥৯॥ অর্জ্জুনগী য়াশক্‌পু লাইহিংচাবা, যক্ষরক্ষগন্ধর্ব্ব, উচেক লিম্নচিংবা কনা অমতনা থুগাইবা অমদি অয়েঙ্বদা তাহনবা ঙম্মোই ॥১০॥ অদুনা, অকনবশা। ময়াম্‌গী মঙ্গল ওইসনু। ময়াম্না ঐবু কনবিরোইদোবা লৈয়বদি ঐ চেঙ্গথ্রগে, মাঙথোক্‌থ্রগে। পাণ্ডবশিংনা উরোইদোবা মফম্‌দা লৈথ্রগে ॥১১॥ জয়দ্রথনা য়াসি তাবদা, থবক্কুম্ন য়াম্ম লুপা তাঙ্গা য়োশিল্লক্লবদা, দুর্য্যোধননা জয়দ্রথদা অস্সুম্ন হায়রকই ॥১২॥ "নিপা অথোইবা। অকনবা। চিংনবিগনু। নহাক্‌কুম্বা অকনবা অমনা, লালন্‌ম্ অসিদা ক্ষত্রিয়পুম্বগী মনুংদা অথোইবা ওইনা লৈরবদা,—কয়ম্বা য়েন্নবনা নহাক্‌পু হাৎকনি অমদি হাৎপ ঙম্‌গনি বিবিংশন্তি, ভূরিশ্রবা, শাল,

অহং বৈকর্ত্তনঃ কর্ণশ্চিত্রসেনো বিবিংশতিঃ। ভূরিশ্রবাঃ শলঃ শল্যো বৃষসেনো দুরাসদঃ ॥১৪॥
পুরুমিত্রো জয়ো ভোজঃ কাম্বোজশ্চ সুদক্ষিণঃ। সত্যব্রতো মহাবাহুর্বিকর্ণো দুর্ম্মুখশ্চ হ ॥১৫॥
দুঃশাসনঃ সুবাহুশ্চ কলিঙ্গশ্চাপ্যুদায়ুধঃ। বিন্দানুবিন্দাবাবন্ত্যৌ দ্রোণো দ্রৌণিশ্চ সৌবলঃ ॥১৬॥
এতে চান্যে চ বহবো নানাজনপদেশ্বরাঃ। সসৈন্যাস্ত্বাভিযাস্যন্তি ব্যেতু তে মানসো জ্বরঃ ॥১৭॥
( কলাপকম্ )

ত্বঞ্চাপি রথিনাং শ্রেষ্ঠঃ স্বয়ং শূরোঽমিতদ্যুতে!। স কথং পাণ্ডবেয়েভ্যো ভয়ং পশ্যসি সৈন্ধব। ॥১৮॥
অক্ষৌহিণ্যো দশৈকা চ মদীয়াস্তব রক্ষণে। যত্তা যোৎস্যন্তি মা ?ভৈস্ত্বং সৈন্ধব। ব্যেতু তে ভয়ম্ ॥১৯॥

সঞ্জয় উবাচ।

এবমাশ্বাসিতো রাজন্! পুত্রেণ তব সৈন্ধবঃ। দুর্য্যোধনেন সহিতো দ্রোণং রাত্রাবুপাগমৎ ॥২০॥
উপসংগ্রহণং কৃত্বা দ্রোণায় স বিশাংপতে!। উপোপবিশ্য প্রণতঃ পর্য্যপৃচ্ছদিদং তদা ॥২১॥
নিমিত্তে দূরপাতিত্বে লঘুত্বে দৃঢ়বেধনে। মম ব্রবীতু ভগবন্! বিশেষং ফাল্গুনস্য চ ॥২২॥
বিদ্যাবিশেষমিচ্ছামি জ্ঞাতুমিচার্য্য! তত্ত্বতঃ। মমার্জ্জুনস্য চ বিভো! যথাতত্ত্বং প্রচক্ষ্ব মে ॥২৩॥

দ্রোণ উবাচ।

সমমাচার্য্যকং তাত! তব চৈবার্জ্জুনস্য চ। যোগাদ্দুঃখোষিতত্বাচ্চ তস্মাত্ত্বত্তোঽধিকোঽর্জ্জুনঃ ॥২৪॥

---

শল্য, লাংঙম্ কাঙমদ্রবা বৃষসেন, পুরুমিত্র জয়, ভোজরাজ,—কম্বোজরাজ, সুদক্ষিণ, সত্যব্রত, কল্লবা বিকর্ণ, দুর্ম্মুখ, দুঃশাসন, সুবাহু, মতম্লৈবখিবিক্ত খুৎলায় পায়খত্তনা ভাক্লিবা কলিঙ্গরাজ, অবন্তি দেশগী বিন্দ-অনুবিন্দ, দ্রোণ, অশ্বথামা অদুগা শকুনি—হায়রিবা অকনবশিং অসিনা পুল্লপা অকন্‌বা নহাকপু ঈকোয় কোয়শিন্দুনা লাঞ্জংগনি। অদুনা পূক্নীংদগী অরাবা—অকিবা—চিংনবা পূম্বদু লোইনা ভান্থোক্‌পিখো ॥১৩—১৭॥ অসিগী মথক্তা অকনবা নহাক্তি, নশামক্তু থোইনা কল্লবা কাওরবা থোনা লৈরবা মীশক অমনি। মরম্ অদুনা সিন্ধুরাজ! পাণ্ডবশিংবু করিমত কিবিরুরম্নু ॥১৮॥ অদুগা ঐগী লাম্মী অক্ষৌহিণী তরামাথোই—অসিনা অকনবা নহাকপু ভাক্শেন্দুনা লৈগদৌরিবনি--। অদুনা সিন্ধুরাজ! করিমত কিবিগম্নু ॥১৯॥ সঞ্জয়না হায়:—মহারাজ! নচাঈবুঙো দুর্য্যোধননা, মতৌ অসুম্না থেম্জিল্লবদা তুংদা, জয়দ্রথগা লোয়নননা দুর্য্যোধননা, অহিং হুমক্তদা দ্রোণাচার্য্যগী লাল্শঙদা চৎখি ॥২০॥

মহারাজ! মহাক্না দ্রোণদা খুরম্‌দুনা, মথুৎ লোম্নদুনা য়াম ব্যবহার তৌনা অসুম্ হায়না হংখি ॥২১॥ ভগবন্! খুৎলায় নিশানা তৌবদা, অয়াম্বদা খুৎলায় থাবা লংবদা, অমদি শাফু কন্‌বদা, অর্জ্জুনগা ঐগা খেন্নবসি কদায়কাওবনো? মাহ্ন ভাক্‌পিয়ু ॥২২॥ অদুগা আচার্য্য! খুৎলায়গী খিস্তাদা অর্জ্জুনগা ঐগা খেন্নবসে মাদুম্নু মুন্না খঙজনীভিঙ। অদুনা, অকন্‌বা আচার্য্য! মাসি মুম অমুক্ত ঐঙোন্দা হায়বিয়ু ॥২৩॥ দ্রোণনা হায়:— ঈবুঙো! ঐনা নহাকপু অদুগা

ন তু তে যুধি সন্ত্রাসঃ কার্য্যঃ পার্থাৎ কথঞ্চন। অহং হি রক্ষিতা তাত! ভয়াত্ত্বাং নাত্র সংশয়ঃ ॥২৫॥
ন হি মদ্বাহুগুপ্তস্য প্রভবন্ত্যমরা অপি। ব্যূহিষ্যামি চ তং ব্যূহং যং পার্থো ন তরিষ্যতি ॥২৬॥
তস্মাদ্যুধ্যস্ব মা ভৈস্ত্বং স্বধর্ম্মমনুপালয়। পিতৃপৈতামহং মার্গমনুযাহি নরাধিপ। ॥২৭॥
অধীত্য বিধিবদ্বেদানগ্নয়শ্চ হুতাস্ত্বয়া। ইষ্টঞ্চ বহুভির্যজ্ঞৈর্ন তে মৃত্যুকৃতং ভয়ম্ ॥২৮॥
অবাপ্য মানুষৈর্দ্দেহৈর্মহাভাগ্যং সুদুর্লভম্। ভুজবীর্য্যার্জ্জিতান্ লোকান্ দিব্যান্ প্রাপ্স্যস্যনুত্তমান্ ॥২৯॥
কুরবঃ পাণ্ডবাশ্চৈব বৃষ্ণয়োঽন্যে চ মানবাঃ। অহঞ্চ সহ পুত্রেণ অধ্রুবা ইতি চিন্ত্যতাম্ ॥৩০॥
পর্য্যায়েণ বয়ং সর্ব্বে কালেন বলিনা হতাঃ পরলোকং গমিষ্যামঃ স্বৈঃ স্বৈঃ কর্ম্মভিরন্বিতাঃ ॥৩১॥
তপস্তপ্ত্বা তু যান্ লোকান্ প্রাপ্নুবন্তি তপস্বিনঃ। ক্ষত্রধর্ম্মাশ্রিতাঃ শূরাঃ ক্ষত্রিয়াঃ প্রাপ্নুবন্তি তান্ ॥৩২॥
এবমাশ্বাসিতো রাজন্! ভারদ্বাজেন সৈন্ধবঃ অপানুদদ্ভয়ং পার্থাদ্যুদ্ধায় চ মনো দধে ॥৩৩॥
ততঃ প্রহর্ষঃ সৈন্যানাং তবাপ্যাসীদ্বিশাংপতে।। বাদিত্রাণাং ধ্বনিশ্চোগ্রঃ সিংহনাদরবৈঃ সহ ॥৩৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
প্রতিজ্ঞায়াং জয়দ্রথাশ্বাসনে ষট্‌ষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

অর্জ্জুনবু খুৎলায়দা চপ্‌ মান্নবা তাম্বিখিবনি। অদুবু, লাইগী বর কংখিবগা অরাবা কোক্লাম্ন থাওদুনা বিদ্যাবু কম্ন নৈনখিবগা অসিনা মরম্‌ ওইদুনা হৌজিক্‌ অর্জ্জুননা নঙোন্দগী য়াম্ন হেন্‌গ্রবনি ॥২৪॥ ঈবুঙো! লান্দা অর্জ্জুনবু খক্‌ কিরুনু। মরম্‌দি ঐনা অকিবা মিপাইবা অসিদগী নহাক্‌পু কনগনি। মসিদা চিংনকম্‌ করিমত্তা লৈতে ॥২৫॥ ঐনা ঙাক্‌শেন্দুনা লৈরিবা অমগী মথক্ত লাইমরুসু করিমত্ত তৌবা য়ারোই। অদুগা ঐনা, অর্জ্জুনমক্না চঙবা থুগাইবা ঙম্মোইদৌবা বেহু অমসু শাগনি ॥২৬॥ মরম্‌ অদুনা, নিংথৌ! নশাগী ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মবু চপ্‌ চানা ঙাক্তুনা লাল্‌তৌ। মমাপৈগী নবুধৌশিংনা চৎলম্বা লম্বী অদু কাযদনা চৎলু ॥২৭॥ অদুগা, নহাক্তি মতীক্‌ চানা বেদ পুম্বা তম্‌গ্রবনি। হোম্‌ কয়া কয়া তৌগ্রবনি। অদুনা নঙোন্দা শিবগী করিমত কিকম্‌ লৈতে ॥২৮॥ মরম্‌দি, নহাক্‌ তাইবং মীওইবা ওইনা পোক্লদুনা, কংঙম্‌-দ্রবা লৈপাক্‌-সিংহাসন কংলবনিনা নপাম্বোমগী পাঙ্গল্লা তাল্লবা স্বর্গগী পুণ্য চেল্লবা অথোইবা খুঙম্‌ অদু ফংলগনি ॥২৯॥ অদুগা অসিমসু খল্লু অসুক্‌ য়াম্ন লৈরিবা কৌরব-পাণ্ডব, বৃষ্ণি শাগেগী লৈরিবা ময়াম্‌, ঐ, নহাক্‌ ইচা ঈশূ খোখোৎপা অসে সংসারসিদা নোংম-নীনিগীদমক্তনি ॥৩০॥ মতম্‌গী মতুং ইন্না ঐনা—ঐনা তৌরক্‌পা কর্ম্মগী মতু' ইন্না মহৈশিং অদু ত্তোপ তৌরগা ঐখোয় পুম্বসে লোইনা চৎগ্রগদবা ঙাক্তনি ॥৩১॥ "তপস্বীশিংনা অকন্‌থা তপস্যানা পাইশ্ব ওইদুনা কংখিবা লোক অদুদা লালকম্‌দা মথৌ তৌরম্বা ক্ষত্রিয়শিংসু চৎখিগদৌরিবনি ॥৩২॥ মহারাজ! দ্রোণগী রাহৈ অসি তাবদা জয়দ্রথ অসি অর্জ্জুনবু কিবদু পুম্‌থা থাদোক্‌তুনা লান্দা পুক্নীং চঙখি ॥৩৩॥ মহারাজ! অদুগী তুংদা কৌরব পক্ষগী লান্মী পুম্নমক্‌সু লোইনা হুয়াউনুঙাইনগ্রে। মাগী মাগী খুৎলায় পারখনদুনা সিংহনাদ লাউনখি ॥৩৪॥

মকম্‌ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা পোংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা প্রতিজ্ঞাগী মনুংদা জয়দ্রথাশ্বাসনগী হুম্‌ক্‌ তরুকশুবা অধ্যায় লোইরে ॥×॥

# শ্রীমহাভারতম্

## সপ্তষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ

হুম্ফু তরেৎশুবা অধ্যায়

( জয়দ্রথ হাৎপগী মতাংদা কৃষ্ণ অর্জ্জুন ৱাঙ্নবা )

—:(০):—

সঞ্জয় উবাচ।

প্রতিজ্ঞাতে তু পার্থেন সিন্ধুরাজবধে তদা। বাসুদেবো মহাবাহুর্ধনঞ্জয়মভাষত ॥১॥
ভ্রাতৄণাং মতমাজ্ঞায় ত্বয়া বাচা প্রতিশ্রুতম্। সৈন্ধবং শ্বোঽস্মি হন্তেতি তৎ সাহসমিদং কৃতম্ ॥২॥
অসংমন্ত্র্য ময়া সার্দ্ধমতিভারোঽয়মুদ্যতঃ। কথং নু সর্বলোকস্য নাবহাস্যা ভবেম হি ॥৩॥
ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য শিবিরে ময়া প্রণিহিতাশ্চরাঃ। ত ইমে শীঘ্রমাগম্য প্রবৃত্তিং বেদয়ন্তি নঃ ॥৪॥
ত্বয়া বৈ সংপ্রতিজ্ঞাতে সিন্ধুরাজবধে তদা। সিংহনাদঃ সবাদিত্রঃ সুমহানিহ তৈঃ শ্রুতঃ ॥৫॥
তেন শব্দেন বিত্রস্তা ধার্ত্তরাষ্ট্রাঃ সসৈন্ধবাঃ। নাকস্মাৎ সিংহনাদোঽয়মিতি মত্বা ব্যবস্থিতাঃ ॥৬॥
সুমহান্ শব্দসংপাতঃ কৌরবাণাং মহাভুজ। আসীন্নাগাশ্বপত্তীনাং রথঘোষঃ সুভৈরবঃ ॥৭॥
অভিমন্যোর্বধং শ্রুত্বা ধ্রুবমার্ত্তো ধনঞ্জয়ঃ। রাত্রৌ নির্যাস্যতি ক্রোধাদিতি মত্বা ব্যবস্থিতাঃ ॥৮॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ! অর্জ্জুননা জয়দ্রথ হাৎকনি হায়না রাশক্প্রবদা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায়খি ॥১॥ অর্জ্জুন! নহাক্না ওরাং নযাম্ব-ননাওশিংগী মাঙ্দা চয়েংগী মন্নুংদা জয়দ্রথ হাৎকনি হায়না রাশক্খিবদো খিত্তংদি হামল্লে ॥২॥ নংনা ঐগা ঈতা-তানহৌদনা কন্না রাশক্পনা হান্থ্রে। ঐগা ঈতা-তানহৌদনা অচৌবা ভার অমা পুবনা হান্থ্রে। মাসিদা ঐখোয়দ মীগী মীনোক্ চঙেঙাইদৌবসি কৈদনো? ॥৩॥ ঐনা দুর্য্যোধনগী লাল্শঙ্শিংদা লাঞ্জাবা মী য়াম্ন থম্খিবনি। মখোয়না লাক্ লাক্তুনা পাউ হেক্ হেক্ পুরকই ॥৪॥ নহাক্না জয়দ্রথ হাৎকনি হায়না রাশক্লে হায়বত্থু তাবদা পাণ্ডবকী লান্মীশিংনা হরাউদুনা খোংলক্পা য়ৈরক্পা পুং শেল যন্ত্রশিংগী মখোল্ অত্থু অসোম্দা কৌরবশিংনা তারে ॥৫॥ মরম্ লৈতনা, অসিগুম্বা মখোল্ অসি তাকম্ থোক্তে হায়না খল্দুনা জয়দ্রথনা য়াম্ন লাওতক্লনা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংগা য়াম্ন মিপাইনা রাতানখি ॥৬॥ অত্থুদগীদি কল্লবা অর্জ্জুন! কৌরব পক্ষরোম্দগীসু খোঙমী-লান্মী রথী শগোল্ শামুশিংসীসু অকিব কংলবা খোঞ্জেল অত্থু তাবা কংখি ॥৭॥ মরম্দি, কৌরব লান্মীশিংনা,— "অর্জ্জুন অসি মচা শিবগী সুংঙাইতবনা লমন্ থুম্গে হায়বগীদমক্ অহিং অসিদা হেক্ত লাল্

তৈর্ব্যক্তমিদং সত্যা কৃতা সত্যব্রতস্য তে। প্রতিজ্ঞা সিন্ধুরাজস্য বধে রাজীবলোচন ॥৯॥
ততো বিমনসঃ সর্ব্বে ত্রস্তাঃ ক্ষুদ্রমৃগা ইব। আসন্ সুযোধনামাত্যাঃ স চ রাজা জয়দ্রথঃ ॥১০॥
অথোত্থায় সহামাত্যৈর্দীনঃ স্বশিবিরাৎ কিল। আয়াৎ সৌবীরসিন্ধূনামীশ্বরো রাজসংসদম্ ॥১১॥
স মন্ত্রকালে সংমন্ত্র্য সর্ব্বা নৈঃশ্রেয়সীঃ ক্রিয়াঃ। সুযোধনমিদং বাক্যমব্রবীদ্রাজসংসদি ॥১২॥
মামসৌ পুত্রহন্তেতি যোঽভিযাতা ধনঞ্জয়ঃ। প্রতিজ্ঞাতো হি সেনায়া মধ্যে তেন বধো মম ॥১৩॥
তাং ন দেবা ন গন্ধর্ব্বা নাসুরোরগরাক্ষসাঃ। উৎসহন্তেঽন্যথা কর্ত্তুং প্রতিজ্ঞাং সব্যসাচিনঃ ॥১৪॥
তে মাং রক্ষত সংগ্রামে মা বো মূর্দ্ধ্নি ধনঞ্জয়ঃ। পদং কৃত্বাপ্নুয়াল্লক্ষ্যং তস্মাদত্র বিধীয়তাম্ ॥১৫॥
অথ রক্ষা ন মে সংখ্যে ক্রিয়তে কুরুনন্দন। অনুজানীহি মাং রাজন্। গমিষ্যামি গৃহান্ প্রতি ॥১৬॥
এবমুক্তস্ত্ববাক্‌শীর্ষো বিমনাঃ স সুযোধনঃ। শ্রুত্বাভিশপ্তবত্তং ত্বাং ধ্যানমেবান্বপদ্যত ॥১৭॥
তমার্ত্তমভিসংপ্রেক্ষ্য রাজা কিল স সৈন্ধবঃ। মৃদু চাত্মহিতঞ্চৈব সাক্ষেপমিদমুক্তবান্ ॥১৮॥

---

হৌরকলবোরে”—অসুম্ হায়না খন্‌খিহনা অকিবা খোল্লাউগা লোয়ননা কৌরবশিংনা লালগী দমক্ থুদক্ অহুদা শেম্-শাখি ॥৮॥ অর্জ্জুন! কৌরবশিং অসে হৌজিক্ য়াম্ন চ্যেকশিন্ন লৈখ্রে। অহুনা রাশক চেৎপা অকনবা! নীঙথিবা! নহাক্না জয়দ্রথ হাৎকনি হায়না রাশকপসে শোয়দ্রবনি হায়না লৌনখ্রে ॥৯॥ অহুগী তুংদা দুর্য্যোধনগী মন্ত্রীশিং অসি অহুগা জয়দ্রথ—মখোয় পুম্না উচি মখুল্ চঙথ্রবনি, লোক্‌নুংদা পীক্লবা শজী শঙাই মচাশিংগুম্না থক্ থক্ নীক্‌থ্রবনি ॥১০॥

অবস্থা অসি উবদা, জয়দ্রথ অসি মাগী লালশঙ মনুংদগী ফুক্ হৌগত্নুনা, মথরাই য়াম্না রানা রাজসভা তান্না লাকই ॥১১॥ জয়দ্রথনা মহাক্কী মঙ্গল ওইননবা মন্ত্রনা তৌরকপা মতম্‌সিদা, মুন্না রাখল্ বিচার তৌরগা দুর্য্যোধনদা অসুম্না হায়রকই ॥১২॥ “ঐবু মচা হাৎপা মীশক্তি হায়দুনা অর্জ্জুননা হয়েংমক ঐঙোন্দা চঙশিল্লক্রনি। অহুগা লান্মী পুন্নমক্কী মমাঙদা ঐবু শোয়দনা হাৎকনি হায়না রাশকখ্রে হায়বা তায় ॥১৩॥ লাইহিংচাবা, যক্ষরক্ষ গন্ধর্ব্বকিন্নর লিল—অসিগী মনুংদা অর্জ্জুনগী রাশকপু থুগাইবা ঙমলোই ॥১৪॥ অহুনা, অকন্নবা, ময়াম্না অমত ওইনা ঐবু কন্নবা উপায় অহু তৌবিয়ু। অর্জ্জুন মথক্তনা অকন্‌বা খ্বাইবু নমহৎখিহনা মাগী নীঙবসি থুংখিদনবহু ময়াম্না শীনবিয়ু। মরম্ অহুনা থবক্ অসি থুনা য়াঙনা পারখৎনবা উপায় অহু লেপ্পবিয়ো ॥১৫॥ কৌরব শাগৈগী নুংঙাইনবগী মশক্ ওইরক্না নিংথৌ! ময়াম্না কন্‌বা ঙম্মিরোই হায়রগা, য়াথং শীনবিয়ো, ঐ য়ুমদা হৌজগ্রগে।” ॥১৬॥ অর্জ্জুন! অহুদগীদি কম্‌দৌবগে হায়বদা, জয়দ্রথগী রাসি তাবদা, অহুগা নহাক্নসু জয়দ্রথনু হাৎকনি হায়না রাশকখ্রে হায়নসি তাবদা দুর্য্যোধন অসি মায়থোং লাংশিন্দুনা ময়ায় লুক্না কুইনা বিচার তৌখি ॥১৭॥ ঙাইহাক লৈরগা নীঙথিরবা রাহৈনা তপ্না তপ্না দুর্য্যোধননা জয়দ্রথদা অসুম্না হায়খি

নেহ পশ্যামি ভবতাং তথাবীর্য্যং ধনুর্দ্ধরম্। যোঽর্জ্জুনস্যাস্ত্রবেগেণ প্রতিহন্যান্মহাহবে ॥১৯॥
বাসুদেবসহায়স্য গাণ্ডীবং ধুন্বতো ধনুঃ। কোঽর্জ্জুনস্যাগ্রতস্তিষ্ঠেৎ সাক্ষাদপি শতক্রতুঃ ॥২০॥
মহেশ্বরোঽপি পার্থেন শ্রূয়তে যোধিতঃ পুরা। পদাতিনা মহাতেজা গিরৌ হিমবতি প্রভুঃ ॥২১॥
দানবানাং সহস্রাণি হিরণ্যপুরবাসিনাম্। জঘানৈকরথেনৈব দেবরাজপ্রচোদিতঃ ॥২২॥
সমাযুক্তো হি কৌন্তেয়ো বাসুদেবেন ধীমতা। সামরানপি লোকাংস্ত্রীন্ নিহন্যাদিতি মে মতিঃ ॥২৩॥
সোঽহমিচ্ছাম্যনুজ্ঞাতং রক্ষিতং বা মহাত্মনা। দ্রোণেন সহপুত্রেণ বীরেণ যদি মন্যসে ॥২৪॥
স রাজ্ঞা স্বয়মাচার্য্যো ভৃশমাক্রন্দিতোঽর্জ্জুন।। সংবিধানঞ্চ বিহিতং রথাশ্চ কিল সজ্জিতাঃ ॥২৫॥
কর্ণো ভূরিশ্রবা দ্রৌণির্বৃষসেনশ্চ দুর্জ্জয়ঃ। কৃপশ্চ মদ্ররাজশ্চ ষডেতেঽস্য পুরোগমাঃ ॥২৬॥
শকটঃ পদ্মকশ্চার্দ্ধে ব্যূহো দ্রোণেন কল্পিতঃ। পদ্মকর্ণিকমধ্যস্থঃ সূচীপার্শ্বে জয়দ্রথঃ ॥২৭॥
স্থাস্যতে রক্ষিতো বীরৈঃ সিন্ধুরাড়্ যুদ্ধদুর্ম্মদঃ। ধনুষ্যস্ত্রে চ বীর্য্যে চ বলে চৈব তথৌরসে ॥২৮॥
অবিষহ্যতমা হ্যেতে নিশ্চিতাঃ পার্থ। ষড়্ রথাঃ। এতানজিত্বা সগণান্ নৈব প্রাপ্যো জয়দ্রথঃ ॥২৯॥
(বিশেষকম্)

---

॥১৮॥ "নিংথৌ। চুম্থি. ঐখোয়গী লাম্নীশিংগী মনুংদা অর্জ্জুনগী তেজবু খুদক্তা কক্কক্তনা অর্জ্জুনবু থিংগদবা মায়থীবা পীগদবা মীশকসি উত্রি" ॥১৯॥ কৃষ্ণনা সারথি অমদি সহায় ওইরবা অর্জ্জুননা গাণ্ডীব লীকং পায়খত্তুনা কাপ্শিল্লকপা মতমদা কনানা মাগী মমাঙদা লেপ্পা ঙমগনি? ইন্দ্র মশামক্ ঙম্মোই ॥২০॥

ঐখোয়না অসুম্ হায়নস্থ তায়ঃ—হিমালয় চীঙখোঙদা অর্জ্জুননা শাদান্বগী মশক্ লৌরবা মহাদেবমক্তা অর্জ্জুনগা কন্না লাম্ন্নেংনখি হায় ॥২১॥ অর্জ্জুননা ইন্দ্রগী য়াথংদগী ইন্দ্রমক্তা হাৎপা ঙমত্রবা, হিরণ্যপুরদা লৈব দানব লিশিং কয়াবু মথন্তনা রথ অমদা তোংত্তুনা হাৎখি হায়না তায় ॥২২॥ অত্তুনদি, ঐনা খন্বদা, শিংলবা কৃষ্ণগা তিন্নথরবা অর্জ্জুননা লাই-গন্ধর্ববশিংগা লোয়ননা ময়োল্ অহুম্সুম্ জয় তৌবা ঙমগনি ॥২৩॥ অত্তুনা নিংথৌ। ঐনা হায়বা য়াদিগে হায়রবদি ঐ য়ুম্দা হল্লথগে, নত্রগা হয়েংগী মুমিত্তা গুরু দ্রোণাচার্য্যনা মচা অশ্বত্থামা লোয়ননা, অতৈ অম তৌদনা ঐবু ঙাকশেন্দুনা লৈহনবিয়ু" ॥২৪॥ অত্তুদগীদি অর্জ্জুন। দুর্য্যোধন মশামক্তা দ্রোণাচার্য্যবু কৌশিনখি, জয়দ্রথ ঙাক্শেন্নবা থৌরাং লোইখ্রে রথী পুম্বা শেমশাদুনা লৈয়ু হায়না য়াথং পীখ্রে ॥২৫॥ কর্ণ, ভূরিশ্রবা, অশ্বত্থামা, দুর্জয়, বৃষসেন, কৃপ, অমদি শল্য মখোয় তরুক্ অসিনা জয়দ্রথগী মাঙদা লেপ্তুনা মাবু ঙাক্শেনগনি হায়না লেপ্লদুনা শেমশাখ্রে ॥২৬॥ মাসিদা, শাগদৌরিবা বেহু মশাদি অঙকপনি ঃ—মমাঙথংবা শরুক্তা শক্ট (গাড়ী-রথ) গী মওং মানগনি। মতুং থংবা শরুক্তা থম্বাল মওং মানগনি। অদুগা থম্বাল অদুগী লৈরীক্ মনুংদস্থ য়েত্তুম মচীন শাবা বেহু অমযুক্ লৈগদৌরি। মাদুগী নাকল অমদা লান্দা কস্থৌরবা সিন্ধুরাজ জয়দ্রথ লৈগনি। মহাকপু অতোপ অতোপ্পা অকনবশিংনা য়োমশিন্দুনা ঙাক্শেনগদৌরি। অদুগা

তেষামেকৈকশো বীর্য্যং বহ্বাঃ স্বমনুচিন্তয় । সহিতা হি নরব্যাঘ্র ! ন শক্যা জেতুমঞ্জসা ॥৩০॥
ভূয়স্তু মন্ত্রয়িষ্যামি নীতিমাত্মহিতায় বৈ । মন্ত্রজ্ঞৈঃ সচিবৈঃ সার্দ্ধং সুহৃদ্ভিঃ কার্য্যসিদ্ধয়ে ॥৩১॥

অর্জ্জুন উবাচ।

ষড়্রথান্ ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য মন্যসে যান্ বলাধিকান্ । তেষাং বীর্য্যং মমার্দ্ধেন ন তুল্যমিতি লক্ষয়ে ॥৩২॥
অস্ত্রমস্ত্রেণ সর্ব্বেষামেতেষাং মধুসূদন ! । ময়া দ্রক্ষ্যসি নির্ভিন্নং জয়দ্রথবধৈষিণা ॥৩৩॥
দ্রোণস্য মিষতঃ সোঽহং সগণস্য বিলপতঃ । মূর্দ্ধানং সিন্ধুরাজস্য পাতয়িষ্যামি ভূতলে ॥৩৪॥
যদি বিশ্বে চ সাধ্যাশ্চ বসবশ্চ সহাশ্বিনঃ । মরুতশ্চ মহেন্দ্রেণ রুদ্রা দেবাস্তথাসুরাঃ ॥৩৫॥
পিতরশ্চ সগন্ধর্ব্বাঃ সুপর্ণাঃ সাগরাদ্রয়ঃ । দ্যৌর্বিয়ৎ পৃথিবী চেয়ং দিশশ্চ সদিগীশ্বরাঃ ॥৩৬॥
গ্রাম্যারণ্যানি ভূতানি স্থাবরাণি চরাণি চ । ত্রাতারঃ সিন্ধুরাজস্য ভবন্তি মধুসূদন ! ॥৩৭॥
তথাপি বাণৈর্নিহতং শ্বো দ্রষ্টাসি রণে ময়া । সত্যেন চ শপে কৃষ্ণ ! তথৈবায়ুধমালভে ॥৩৮॥
(কলাপকম্)

---

অর্জ্জুন। হায়রিবা মখোয় তরুক অসি অমমম্না থাঙ-তা-লীরুং তেলদা, অমদি থম্নোয় হকচাং অনীগী পাঙ্গল্দা অতোপ্না অমনা হেক্ চঙবা ওন্মরোইদোবা মীশকমক্তনি। অদুনা অর্জ্জুন। মাগী মাগী খোঙমী লাম্নীগা লোয়নরবা মখোয় তরুক অসিবু হায় মায়থীবা পীদনদি জয়দ্রথবু পাক হাৎপ য়াররোইদৌরি ॥২৭—২৯॥ মরম্দি নিপা অথোইবা, অর্জ্জুন। হায়রিবা মখোয় তরুক অসিগী অমমম্গীত ওইনা শক্তি অমদি বিদ্যা অদু মুন্না বিচার তৌদুনা য়েংঙু। অদুনদি মখোয় তরুক্ অসিনা নাকল অমদা পুল্লপ্না লেপ্তু্না লৈরিবদা মখোয়বু অমুক্তদা পাক্ জয় তৌবদি য়ানা থোক্কনি ॥৩০॥

"অদুনা, লাল্গী বিচারদা .য়াম্ন চঙখোল্লবা, ঐখোয়গী পক্কগী মঙ্গল ওইনবতা থল্লবা যুদ্ধমন্ত্রী থরগা, ঐ কুপ্ন মুন্না বিচার অমুক্তা তৌখিগে" ॥৩১॥ কৃষ্ণগী য়াসি তাবদা অর্জ্জুননা হায় :— কৃষ্ণ! নহাক্না নিপা তরুক অসিগী শক্তি অমদি বিদ্যাগী মরম্দা য়াম্না হায়রি। অদুবু ঐদি, মখোয়সিগী পুল্লপকী পাঙ্গল্না ঐ ইথন্তগী পাঙ্গলগী তংখাই অম কাওবা কংবা ওমগনি হায়বা থাজদে ॥৩২॥ কৃষ্ণ! হয়েংত মঙায়রে উগদবা, জয়দ্রথবু হাৎকে হায়না হোৎনরকপা ঐনা মতৌকয়ম্না মখোয় তরুক্কী খুংলায় থিংদুনা থম্বগে অদুগা মতৌকয়ম্না মখোয় তরুক্পু ওস্নগা জয়দ্রথবু হাৎপগে হায়বদু ॥৩৩॥ হয়েংগী নুমিত্তা কর্ণনচিংবগী মাঙমক্তদা ঈচা হাৎপা, কিবনা থক্ থক্ নীক্লবা জয়দ্রথগী মঙক্ শোয়দনা কক্তু্না লৈমায়থক্তা থাদগে ॥৩৪॥ কৃষ্ণ! অমুক্সু হয়না য়াশকে :—

ঈথুত্ত পায়বা খুৎলায়বু, চৗম্ন চীক্তু্না য়াশক্লি।
সিদ্ধ্যসাধ্যনচিংবা লাইয়াম্না, মায়গৈ ভাকুপা লাই নিপাম্না

যস্ত গোপ্তা মহেষ্বাসস্তস্য পাপস্য দুর্মতেঃ । তমেব প্রথমং দ্রোণমভিযাস্যামি কেশব ! ॥৩৯॥
তস্মিন্ যুদ্ধমিদং বদ্ধং মন্যতে স সুযোধনঃ । তস্মাত্তস্যৈব সেনাগ্রং ভিত্ত্বা যাস্যামি সৈন্ধবম্ ॥৪০॥
দ্রষ্টাসি শ্বো মহেষ্বাসান্ নারাচৈস্তিগ্মতেজনৈঃ । শৃঙ্গাণীব গিরের্ব্বজ্রৈর্দার্য্যমাণান্ ময়া যুধি ॥৪১॥
নরনাগাশ্বদেহেভ্যো বিস্রবিষ্যতি শোণিতম্ । পতদ্ভ্যঃশিতৈঃ পতিতেভ্যশ্চ বিভিন্নেভ্যঃ শরৈঃ ॥৪২॥
গাণ্ডীবপ্রেষিতা বাণা মনোঽনিলসমা জবে । নৃনাগাশ্বান্ বিদেহাসূন্ কর্ত্তারশ্চ সহস্রশঃ ॥৪৩॥
যমাৎ কুবেরাদ্বরুণাদ্রুদ্রাদিন্দ্রাচ্চ যন্ময়া । উপাত্তমস্ত্রং ঘোরং বৈ তদ্দ্রষ্টারো নরা যুধি ॥৪৪॥
ব্রাহ্মেণাস্ত্রেণ চাস্ত্রাণি হন্যমানানি সংযুগে । ময়া দ্রষ্টাসি সর্ব্বেষাং সৈন্ধবস্যাভিরক্ষিণাম্ ॥৪৫॥
শরবেগসমুৎকৃত্তৈ রাজ্ঞাং কেশব ! মূর্দ্ধভিঃ । আস্তীর্য্যমাণাং পৃথিবীং দ্রষ্টাসি শ্বো ময়া যুধি ॥৪৬॥

---

নুংশিৎ নিফুমাপন্না, অশ্বিনীকুমার অনীনা
রুদ্রতরামাখোইনা, ইন্দ্রগা লোয়নবা লাইয়াম্না
পিতৃলোককী মীনা হিংচাবশিংনা, লিল্ উচেক্ গন্ধর্ব্বনা
থক্ খানীমক্ত লৈবা খিবিক্না, অচচ্চত্ত জীবপুম্বনা
অমত ওইনা কন্থ্রবস্নু, জয়দ্রথবু হাৎকনি ঐহাক্না ৩৫—৩৮

কেশব ! যাদব ! মহাপাপী কত্রবা অদুবু ঙাকনি হায়দুনা মাওথান: চণ্ডশিল্লকদোৌম্বিবা গুরুদ্রোণ—মঙোন্দা হান্না ঐনা ফুজিনগানি ॥৩৯॥ দ্রোণ অমতগী মথক্তা আশাপুম্বা পম্থুনা দুর্য্যোধননা লাল্ অসি মখোয়না ঙম্গনি হায়না খল্লি । দ্রোণ মহাক্কা লাম্মী তেঙ্গোল অদুবু থুগাইদুনা, ঐ, হয়েং জয়দ্রথগীনাক্ত চণ্ডশিন্গে ॥৪০॥

কৃষ্ণ ! ইন্দ্রনা বজ্রনা চীঙগী চীংদোলশিংবু কক্থৎপদুগুম্না য়েক্লব পক্ষগী লাম্মীশিংবু য়েন্তু,ম্ মচীন্শাবা তেলগী মপৈনা, ঐনা ককদবগু উগদবা হয়েংত মঙায়রে নহাক্না উগদবা ॥৪১॥ ঐগী তেম্না পান্বদা শগোল শামু খোঙমী লাম্মীশিংগী মশাদগী ঈনা অতৎ-অথম্ লৈতনা হাথগদবা হয়েংত মঙায়রে ॥৪২॥ পুক্নীং অমদি নুংশিৎকা মাম্নবা য়াঙ্লবা ঐগী খুৎলায় মপৈ মপৈনা গাণ্ডীব লৌরুংদগী পাইথোক্খিদুনা য়েক্লবশিংগী শগোল শামু রথী খোঙমী লিশিং লিশিংবু অমুক্ অমুক্ত হাৎপা উগদবা হয়েংত মঙায়রে ॥৪৩॥ যম কুবের, বরুণ, রুদ্র অমদি ইন্দ্রগী মফম্দগী ঐনা খুৎথেংননা ফংবা খুৎলায়শিং অদুগী শক্তি অদু য়েক্লবাশিংনা হয়েংগী মনুংদা ঐনা জয়দ্রথবু অদুগা ঙাক্শেনবা পুম্ববু ব্রহ্মাস্ত্রনা তুম্না হাৎপদু উবা ফংলগনি ॥৪৫॥ ঐগী তেম্না পান্বদা কল্লবা নিংথৌশিংগী মকোক্না লালকম্ লৈমায়বু পুমকুপ্‌ কুপ্তু,না কেন্বদু উগদবা হয়েংত মঙায়রে ॥৪৬॥

হয়েংগী নুমিদ্যা লাল্কম্দা শাহিং চাবশিংবু পেলহন্গে ।
য়েক্লবশিংগী মথক্তা, মতীক চপ্চানা লমন্ থুম্গে ।

ক্রব্যাদাংস্তর্পয়িষ্যামি দ্রাবয়িষ্যামি শাত্রবান্। সুহৃদো নন্দয়িষ্যামি পাতয়িষ্যামি সৈন্ধবম্ ॥৪৭॥
বহ্বাগস্কৃৎ কুসম্বন্ধী পাপদেশসমুদ্ভবঃ। ময়া সৈন্ধবকো রাজা হতঃ স্বান্ শোচয়িষ্যতি ॥৪৮॥
সর্ব্বক্ষীরান্নভোক্তারং পাপাচারং রণাজিরে। ময়া সরাজকা বাণৈর্ভিন্নং দ্রক্ষ্যতি সৈন্ধবম্ ॥৪৯॥
তথা প্রভাতে কর্ত্তাস্মি যথা কৃষ্ণ! সুযোধনঃ। নান্যং ধনুর্দ্ধরং লোকে মংস্যতে মৎসমং ভুবি ॥৫০॥
গাণ্ডীবঞ্চ ধনুর্দিব্যং যোদ্ধা চাহং নরর্ষভ!। ক্ষত্রঞ্চ যন্তা হৃষীকেশ! কিংস্বিদজিতং ময়া ॥৫১॥
তব প্রসাদাদ্ভগবন্! কিমিহাস্তি রণে মম। অবিষহ্যং হৃষীকেশ। কিং জানন্ মাং বিগর্হসি ॥৫২॥
যথা লক্ষ্ম স্থিরং চন্দ্রে সমুদ্রে চ যথা জলম্। এবমেতাং প্রতিজ্ঞাং মে সত্যাং বিদ্ধি জনার্দ্দন! ॥৫৩॥
মাবমংস্থা মমাস্ত্রাণি মাবমংস্থা ধনুর্দৃঢ়ম্। মাবমংস্থা বলং বাহ্বোর্মাবমংস্থা ধনঞ্জয়ম্ ॥৫৪॥
যথাভিযায় সংগ্রামে ন জীয়েঽহং জয়ামি চ। তেন সত্যেন সমরে হতং বিদ্ধি জয়দ্রথম্ ॥৫৫॥
ধ্রুবং বৈ ব্রাহ্মণে সত্যং ধ্রুবা সাধুষু সন্নতিঃ। শ্রীর্ধ্রুবা চাপি দক্ষেষু ধ্রুবো নারায়ণে জয়ঃ ॥৫৬॥

---

ঐগী লাম্নীশিংবু মুংঙাইহন্‌গে, লালকম্‌দ জয়দ্রথ তুহন্‌গে ॥৪৭॥
কস্তবগ সঙ্গ তৌরবা, মহা পাপ্‌কী থবক তৌপ্রবা,
জয়দ্রথগী মথরাই লৌরগা, মাগী শাগৈ নাতৈবু রাহন্‌গে ॥৪৮॥

অহাউ অথুমত্ত চারবা, শঙ্গোম্ মাথনত্ত চারবা, পাপ্‌না থম্মোয় থ্‌মুপ্রবা, কত্রবা জয়দ্রথবু ঐগী মাগী লাম্নীশিংগী মাঙ মক্তদা মথরাই লৌগে ॥৪৯॥ কৃষ্ণ! লাল শোরুবদা ঐগা মান্নবা কন্‌বা অমত্ত জগত্ত লৈত্রবোয়ে হায়বসি, দুর্য্যোধননা হয়েংদগী খঙজখিনবা অতুম্না ঐনা লাল তৌগনি ॥৫০॥ নিপা অথোইবা, হৃষীকেশ! লাইগী খুৎলায় গাণ্ডীব, লাম্নীনা অর্জ্জুন, সারথিনা কৃষ্ণ নহাক্—মাসিদা, জগত্ত ঐনা ওম্মোইদবসি কনানো? ॥৫১॥ ভগবান্! নহাক্কী নতেং অমদি থৌজাল ফংলবা ঐনা জগৎ অসিদা ওম্মোইদবসি করি লৈ? অদুনা হৃষীকেশ! মাসি খঙন খঙনা ঐবু থাজত্রিবা—নিন্দা তৌরিবসিনা করিগী নো? ॥৫২॥ জনার্দ্দন—! থাগী মমায়দা মায়হীং কারিবা, সমুদ্রগী ঈশিংনা কংদদুনা লেঙদনা লৈরিবা অদুক্কী মখৈ ঐগী রাশক্ন অচুম্বনি লেঙত্রবনি হায়না খঙও্ ॥৫৩॥ কৃষ্ণ! ঐগী খুৎলায়শিং অসিবু থৌওইদবা তৌগনু। গাণ্ডীব কৌব লীরুসিবুসু উসিত্তবা তৌগনু। ঐগী পাম্বোম্‌গী পাজলবু কয়িসু লৈতবা হায়নসু খন্‌গনু। অদুগ, অর্জ্জুন ঐবুসু কয়িসু লৈতবা নাপীগুম্বনি হায়নসু খন্‌বিগনু ॥৫৪॥ লান্দা ঐনা চঙপ্রবদা কনানসু ঐবু জয় তৌবা ঙমত্রি। ঐতনা ঙম্‌দুনা লাক্‌পা মক্তনি। থোক্‌প্রিবা থৌদোক্ ময়াম্ অদু নীঙশিংদুনা, জয়দ্রথসি হাৎলগুম্বনি হায়না খঙও্ ॥৫৫॥

ব্রাহ্মণগী "অচুম্বা" লেঙদবনি।
[illegible]শিংগী "চাওথৎপা" লেঙদবনি।
[illegible] তম্বব মীগী "[illegible]" লেঙদবনি।
নারায়ণদা লৈব "[illegible]" লেঙদবনি ॥৫৬॥

সঞ্জয় উবাচ।

এবমুক্তা হৃষীকেশং স্বয়মাত্মানমাত্মনা। সন্দিদেশার্জ্জুনো নর্দ্দন্ বাসবিঃ কেশবং প্রভুম্ ॥৫৭॥

যথা প্রভাতাং রজনীং কল্পিতঃ স্যাদ্রথো মম। তথা কার্য্যং ত্বয়া কৃষ্ণ! কার্য্যং হি মহদুদ্যতম্ ॥৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি

প্রতিজ্ঞায়াং কৃষ্ণার্জ্জুনসংবাদে সপ্তষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

---

সঞ্জয়না হায়ঃ— অর্জ্জুননা, মপাঙল মথৌনা লৈবা ময়ম্না ভংহুনা অসুম্না শাউরগা হায়রগা মশা মথন্তগী শক্তিনা ভাঞ্জবা পরমাত্মাগী মুর্ত্তি ওইবা, মায়াবু নিয়মতৌহুনা লাকুহৎলিবা, জগত্তা খ্বাইদগী হেন্না প্রভাব লৈবা কৃষ্ণদা মতৌ অসুম্না হায়খি ঃ—॥৫৭॥ "কৃষ্ণ! অহিং অসি হেক্ লেল্লগা, নোংঙাল্লকৃপদা, ঐগী রথবু শেম্শানবা তৌ। মরমদি শোয়দনা পাঙথোক্কবা য়াম্রবা থবক্ অম হয়েংমক্ তৌগদৌরি ॥৫৮॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা প্রতিজ্ঞাগী মনুংদা হুক্ষ্ তরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥×॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## অষ্টষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ

হুক্ষ্ নিপান্শুবা অধ্যায়।

( সুভাদ্রাবু থেম্জিনবা মতাং )

—:(০):—

সঞ্জয় উবাচ

তাং নিশাং শোকদুঃখার্ত্তৌ শ্বসন্তাবিব পন্নগৌ। নিদ্রাং নৈবোপলেভাতে বাসুদেবধনঞ্জয়ৌ ॥১॥

নরনারায়ণৌ ক্রুদ্ধৌ জ্ঞাত্বা দেবা সবাসবাঃ। ব্যথিতাশ্চিন্তয়ামাসুঃ কিং স্বিদেতদ্ভবিষ্যতি ॥২॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—সুংঙাইতবা-রাবনা থম্মোয় কায়রবা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনী অসি অহিং অদুমা, সুংশা মপী ফুইনা ফুইনা হোল্লুনা তুম্বা চঙদনা অহিং অদু য়াম্না রানা লেনখি ॥১॥ অমম্বোমদা লাইরৈবাক্তা ইন্দ্রনচিংবা দেবতাপুম্বা, নরনরায়ণ অনীনা, শাউবদু উবদা কবি

ববুশ্চ দারুণা বাতা রূক্ষা ঘোরাস্তিশংসিনঃ। সকবন্ধস্তথাদিত্যো পরিঘঃ সমদৃশ্যত ॥৩॥
শুকাশব্দশ্চ সংপেতুঃ সনির্ঘাতাঃ সবিদ্যুতঃ চচাল চাপি পৃথিবী সশৈলবনকাননা ॥৪॥
চুক্ষুভুশ্চ মহারাজ! সাগরা মকরালয়াঃ। প্রতিস্রোতঃ প্রবৃত্তাশ্চ তথা গঙ্গাঃ সমুদ্রগাঃ ॥৫॥
রথাশ্বনরনাগানাং প্রবৃত্তমধরোত্তরম্। ক্রব্যাদানাং প্রমোদার্থং যমরাষ্ট্রবিবর্দ্ধনম্ ॥৬॥
বাহনানি শকৃন্মূত্রে মুমুচু রুরুদুশ্চ হ। তান্ দৃষ্ট্বা দারুণান্ সর্বানুৎপাতান্ লোমহর্ষণান্ ॥৭॥
সর্বে তে ব্যথিতাঃ সৈন্যাস্তদীয়া ভরতর্ষভ।। শ্রুত্বা মহাবলস্তোগ্রাং ক্রতিজ্ঞাং সব্যসাচিনঃ ॥৮॥
( যুগ্মকম্ )

অথ কৃষ্ণং মহাবাহুরব্রবীৎ পাকশাসনিঃ। আশ্বাসয় সুভদ্রাং ত্বং ভগিনীং স্নুষয়া সহ ॥৯॥
স্নুষাপ্রেস্তাবয়স্যাশ্চ বিশোকাঃ কুরু মাধব।। সাম্না সত্যেন যুক্তেন বচসাশ্বাসয় প্রভো।॥১০॥
ততোঽর্জ্জুনগৃহং গত্বা বাসুদেবঃ সুদুর্মনাঃ। ভগিনীং পুত্রশোকার্ত্তমাশ্বাসয়ত দুঃখিতাম্ ॥১১॥

---

থোক্লগবা হায়গুনা য়াম্না লাঙতক্লনা লৈখি ॥২॥ অকিবগীমশক ওইরবা খুদম্ পীবা, কল্লবা নোং নুংশিৎ লাকৃখি। দেবতাশিংনা, নুমিৎকী অকোয়বদা ওক্ য়াওদবা হকচাংগী মমিমক্ত উবা কংখি। অদুগা ওক্ য়াওদবা হকচাংনা মচীন্দা য়ান্দুনা লৈবা শাংলবা তা মক্তা উবা কংখি ॥৩॥ নোং অমদি ঈশিংগী শরুক মরীক অমত য়াওদবা, নোংথাংগা লোয়নরবা বজ্রনা হন্না হন্না শাথিনা তাখি। চীওমান্ তুরেল বন-উপবনগা লোয়ননা পৃথ্বী অসি থক্ থক্ নীকখি ॥৪॥ মহারাজ! চাউর চাউরবা মকর-তিমিনাচিংবা জলজন্তু কয়াগী লৈকম্ ওইরবা সমুদ্র অসি ঈথক্ হৌখি। তুরেল্ পুম্বা ঈচেল্ হংগৎনা চেন্খি ॥৫॥ শাহিং চাবা জীবশিংগী নুংঙাই-ননবগী দমক্তা শগোল শামু খোঙমী লাম্নীশিংগী থম্মোয়দা খঙহৌদনা হিংসাগী বুদ্ধি পোকখি হায়বদি হাৎননীঙবা শুননীঙবগী রাখল অসি পোকখি। মাতুমক্তনা যমরাজ লৈবাক্কী প্রজা মশীং হেন্নবগী অচৌবঃ মরম্ অম ওইখি ॥৬॥ লাম্নী শগোল শামুনচিংবা শাদোংশিংনা ইপা পাখৎনা মপাস্তোক্লোক্লনা; মাংখোক্লনা তেংথা নাওইনা কপ্প লাউনখি-খোংনখি ভরতশাগৈগী অথোইবা মহারাজ! খুদম্শিং অসি উবদা কৌরব লাম্নী পুম্নমক্কী অকিবা তুজংবা পোকৃখি। অদুগা অর্জ্জুনগী শোয়দনা থোক্লগদবা, অকিবগী মশক্ ওইবা রাশক্ অদু তাবদা পুক্নীং-হকচাং থক থক্ নীকখি ॥৭-৮॥ অদুগী তুংদা অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা অমুক্ অমুম্না হায়খি—কৃষ্ণ! নশা-মক্তা চত্নুনা ঐগী নৌনা লুপ্রা ওইরবী, ঈমৌনুপী উত্তরাগা নচন্ সুভদ্রাগা অনীসি অমুক্ত, থেম্জিন্বিরু ॥৯॥ মাধব! মহাজ্ঞানী ওইরবা কৃষ্ণ! উত্তরাগী মনাইনুবীশিং অমদি মতা-লোয়নবশিংগী অরাবদো নীওখিজবা রাহৈনা পাউতারু। অমুক্ত কোক্হন্বিরু ॥১০॥ অদুগীতুংদা খোইদোক্লা রারবা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী য়ুমদা চৎখিদুনা... চা কাযনবগী থম্মোয় ক্বায়রবী ভুমথৈ

## বাসুদেব উবাচ ।

মা শোকং কুরু বার্ষ্ণেয়ি ! কুমারং প্রতি সন্নুষা । সর্ব্বেষাং প্রাণিনাং ভীরু ! নিষ্ঠৈষা কালনির্ম্মিতা ॥১২॥
কুলে জাতস্য বীরস্য ক্ষত্রিয়স্য বিশেষতঃ । সদৃশং মরণং হ্যেতত্তব পুত্রস্য মা শুচঃ ॥১৩॥
দিষ্ট্যা মহারথো বীরঃ পিতুস্তুল্যপরাক্রমঃ । ক্ষাত্রেণ বিধিনা প্রাপ্তো বীরাভিলষিতাং গতিম্ ॥১৪॥
জিত্বা সুবহুশঃ শত্রূন্ প্রেষয়িত্বা চ মৃত্যবে । গতঃ পুণ্যকৃতাং লোকান্ সর্ব্বকামদুহোঽক্ষয়ান্ ॥১৫॥
তপসা ব্রহ্মচর্য্যেণ শ্রুতেন প্রজ্ঞয়াপি চ । সন্তো যাং গতিমিচ্ছন্তি তাং প্রাপ্তস্তব পুত্রকঃ ॥১৬॥
বীরসূর্বীরপত্নী ত্বং বীরজা বীরবান্ধবা । মা শুচস্তনয়ং ভদ্রে ! গতঃ স পরমাং গতিম্ ॥১৭॥
প্রাপ্স্যতে চাপ্যসৌ পাপঃ সৈন্ধবো বালঘাতকঃ । অস্যাবলেপস্য ফলং সসুহৃদ্‌গণবান্ধবঃ ॥১৮॥

---

লৈতনা রারবী সুভদ্রাদা অসুম্না হায়রুনা থেম্‌জিন্‌খি ॥১১॥ কৃষ্ণনা হায় :—বৃষ্ণিবংশগী লেমজননবগী মশক্ ওইরবী ! নমৌসুবী উত্তরাগা লোয়ননা অসুক্ কাহেন্না রাবা তেংথা নাওইবসি তৌরগনু । ঈবেম্মা ! জগত্ত লৈবা জীব পুম্বসে শিখিগদবা মাঙখিগদবা ভাক্তনি ॥১২॥ অদুগা ঈবেম্মা ! অচৌবা শাগৈদা পোকপা অশেংবা ক্ষত্রিয়গী ঈনা পোকপা অকন্‌বা ক্ষত্রিয়শিংগী মশিনদি অসিমক্কি মতীক চাবা । অদুগা নচানিপা অকনবদুগীদমক্ কাহেন্না রাবা কপ্ লাউবসি তৌরনু ॥১৩॥ মহারথী ওইরবা মপা অকন্‌বা অর্জ্জুনগুম্ কল্লবা মথৌনা লৈরবা অকন্‌বা নচা অভিমন্যু অদো ক্ষত্রিয়গী হৌনবী থৎক্ পাঙথোকলম্‌তুনা অকন্‌বা ক্ষত্রিয়না ফংগদবা লোক অত্তদা চৎখ্রবনি ॥১৪॥ অভিমন্যু হায়বা অকনবদুনা কল্লবা য়েক্লবা চাম চাম লিশিং লিশিং'বু হাৎল্লগা ধর্ম্ম কায়দবা পুণ্যচেল্লবা মীশিংনা পামজরিবা অমাঙ অতা লৈত্রবা লোক অদুদা চৎচখিবনি ॥১৫॥ সাধু মহাত্মাশিংনা তপস্যানা, ব্রহ্মচার্য্যনা বেদপাঠনা অমদি তত্ত্বজ্ঞাননা পাম্বে ওইদুনা ফংনিংলিবা পদবী অদুবু নচা নিপা অকন্‌বা অভিমন্যুনা ফংখ্রে ॥১৬॥

অকন্‌ব পোকপী'-কন্‌বগী লোয়নবী !
অকন্‌বগী মচানুপীও !
অকন্‌বা শাগৈদা পোকপী সুভদ্রা !
চৎখ্রবা নচাদুগীদমক্ থোইনা রাব তৌরনু ।
নচানিপা অকন্‌বা অভিমন্যু কৌবা মহাক্তো
অমনা ফংগুমদ্রবা গতিবু ফংদুনা নুংঙাইনা লৈখ্রে ॥১৭॥

অতাং হাৎপা, মহাপাপী জয়দ্রথ হায়বদো হয়েংত মঙায়রে মাগী শাগৈ নাতৈ মরূপ মপাংগা লোয়ননা মুৎখিগদবা । মহাক্ হৌজিক, নাপলগী মহৈ ফংগনি ॥১৮॥ নীঙথিজরবী ! রাক্লনু, হয়েং হেক্ নোংঙানবগা, পাপী ওইরবা জয়দ্রথদো, ইন্দ্রলোক তাম্না চেনখ্রেদুমঙায়রে,

দৃষ্টৈয়াস্ত বরারোহে। রজস্তাং পাপকর্মকৃৎ। নহি মোক্ষ্যতি পার্থাৎ স প্রবিষ্টোঽপ্যমরাবতীম্ ॥১৯॥
শ্বঃ শিরঃ শ্রোষ্যতে তস্য সৈন্ধবস্য রণে হৃতম্। সমন্তপঞ্চকাদ্বাহ্যং বিশোকা ভব মা রুদঃ ॥২০॥
ক্ষত্রধর্মং পুরস্কৃত্য গতঃ শূরঃ সতাং গতিম্। যাং বয়ং প্রাপ্নুয়ামেহ যে চান্যে শস্ত্রজীবিনঃ ॥২১॥
ব্যূঢোরস্কো মহাবাহুরনিবর্ত্তী রথপ্রণুৎ। গতস্তব বরারোহে। পুত্রঃ স্বর্গং জ্বরং জহি ॥২২॥
অনুযাতশ্চ পিতরং মাতৃপক্ষঞ্চ বীর্য্যবান্। সহস্রশো রিপূন্ হত্বা হতঃ শূরো মহারথঃ ॥২৩॥
আশ্বাসয় স্নুষাং রাজ্ঞি। মা শুচঃ ক্ষত্রিয়ে। ভৃশম্। শ্বঃ প্রিয়ং সুমহচ্ছ্রুত্বা বিশোকা ভব নন্দিনি। ॥২৪॥
যৎ পার্থেন প্রতিজ্ঞাতং তত্তথা ন তদন্যথা। চিকীর্ষিতং হি তে ভর্ত্তুর্ন ভবেজ্জাতু তন্মৃষা ॥২৫॥
যদি চ মনুজপন্নগাঃ পিশাচা রজনিচরাঃ পতগাঃ সুরাসুরাশ্চ।

---

মহাক অর্জ্জুনগী মখুত্তগী নাম্বোকৃপা য়ায়রোই ॥১৯॥ সুভদ্রা। জয়দ্রথগী কোক্ লৈরমত্রে হায়বা অদুগা মকোক্ অদু, সমন্তপঞ্চক কৌবা তীর্থগী য়াংমদা তাপ্রে হায়বা অশুকৃপা পাউ অসি তাগদবা হয়েংত মণ্ডায়রে। অহুনা,ঈবেম্মা। কপ্লগনু, য়াগনু ॥২০॥ হৌজিক লৈরিবা ঐখোয়-সিনসু কংঙ্গদবা, লৈরিবা হিংলিবা লাম্মী ক্ষত্রিয়শিং অসিনসু কণ্ডগদবা অথোইবা গতি অদুবু নহাক্কী নচা অকন্‌বহুনসু ফংদুনা হৌজিক্ নুংঙাইনা স্বর্গদা লৈরি ॥২১॥

সুভদ্রা। ঈবেম্মা, শক্‌হেন্‌বী।
ঈবুংগী নুংশিজরবী অকন্‌বপোক্‌পী।
মথবাক্ ফল্লবা খ্বাংজেংবা,
মপাম্বোম চাউবা, লান্দা হন্দবা
য়েরুববু ভুম্না হাৎলম্বা. অকন্‌বশিংগা মথম্ভ থেংনথিবা
অভিমন্যুদো লৈপ্রে লাইরৈবাক্তা।
অহুনা থাদোকলো অরাবা ॥২২॥
অকন্‌বা থৌনা ফরবা, অভিমন্যু কৌবা নচাদো
মবুথো রাজর্ষিশিংনা চৎলম্বা, লীরুম্ কায়দন চত্নুনা
মথস্তনা য়েরুবা লিশিং লিশিং, যমালয়দা থারম্লগা
লান্দা মথরাই কৎলম্‌হুনা, অথোইবা গতি ফংপ্রে ॥২৩॥

ক্ষত্রিয়গী শাগৈদা পোক্লবী। অকন্‌বগী লোয়নবী নীঙথিবী।
নমৌহুপী উত্তরাবু, থেম্‌জিন্নুকো—ঈবেম্মা।
য়েরুব লমন থুম্বগী পাউ,— হয়েংত মণ্ডায়রে তাগদবা ॥২৪॥
নপুমোয়ব অকনবা, অর্জ্জুনগী য়াশক্ অমেম ওইমোই
মরম্‌দি অকনবা নপুমোইবন, তৌগে লীঙথিবা থবক্তা

রণগতমপি পান্তি সিন্ধুরাজং ন স ভবিতা সহ তৈরপি প্রভাতে ॥২৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি প্রতিজ্ঞায়াং সুভদ্রাশ্বাসনে অষ্টষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

কনানসু পীওম্মোই য়ৈথায়বা, অদুনা রাকনু ঈবেন্মা । ॥২৫॥
লাইহিংচাবা গন্ধর্ব্ব, কিন্নর, লিল্ উচেক্ তাইবং মী
অচচ্চত্ত পুম্বনা অমত্ত ওইনা, জয়দ্রথবু শেন্দুনা থম্‌থ্রবসু
হয়েংগী নুমিত্ত অর্জ্জুনগী থুত্তগী, লাম্থোকপ ওম্মোই মহাক্লা ॥২৬॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা প্রতিজ্ঞাগী মমুংদা সুভদ্রাশ্বাসনগী হুক্ফূনিপালশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ঊনসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ।

হুক্ফূমাপলশুবা অধ্যায়ঃ ।

( সুভদ্রাবিলাপ )

—ঃ(০)ঃ—

সঞ্জয় উবাচ ।

এতচ্ছ্রুত্বা বচস্তস্য কেশবস্য মহাত্মনঃ । সুভদ্রা পুত্রশোকার্ত্তা বিললাপ সুদুঃখিতা ।১।

---

সঞ্জয়না হায় :—মহাত্মা ওইরবা শ্রীকৃষ্ণগী রা ভাবদা মচা কায়নবগী মৈচাক্ খাওব ওমুক্রবী সুভদ্রানা মচা কৌহ্রনা তেংথানা নাওইনা কপ্লকুলে ॥১॥
ঈমাগী ঈবুঙো শকুহেন্‌বা । অভিমন্যু কৌবা পায়ীও ।
লাইবক্ থীবী নমা ঐগী, গর্ভদা-চঙহুনা পোক্‌পনা

হা পুত্র! মম মন্দায়াঃ কথমেতাদৃশি সংযুগে। নিধনং প্রাপ্তবাংস্তাত! পিতুস্তুল্যপরাক্রমঃ ॥২॥
কথমিন্দীবরশ্যামং সুদংষ্ট্রং চারুলোচনম্। মুখং তে দৃশ্যতে বৎস! গুণ্ঠিতং রণরেণুনা ॥৩॥
নূনং শূরং নিপতিতং ত্বাং পশ্যন্ত্যনিবর্ত্তিনম্। সুশিরোগ্রীববাহ্বংসং ব্যূঢ়োরস্কং নতোদরম্ ॥৪॥
চারূপচিতসর্বাঙ্গং স্বক্ষং শস্ত্রক্ষতাচিতম্। ভূতানি ত্বাভিবীক্ষন্তে নবচন্দ্রমিবোদিতম্ ॥৫॥
শয়নীয়ং পুরাধ্যায় স্পর্দ্ধ্যাস্তরণসংবৃতম্। ভূমাবদ্য কথং শেতে বিপ্রবিদ্ধঃ সুখোচিতঃ ॥৬॥
যোঽন্বাস্যত পুরা বীরো বরস্ত্রীভির্মহাভুজঃ। কথমন্বাস্যতে সোঽদ্য শিবাভিঃ পতিতো মৃধে ॥৭॥

---

পন্থৌগুম্ কল্লব নহাক্না, থরাই থাগ্রবোই লালৃকম্‌দা ॥২॥
অশংব থম্বাল লৈরাংগুম্ শংবাম্নব পারীও!
মীত্তা য়েংবদা রাস্তবা! য়াতা কজবা শকৃহেনবা!
লালগী উফুল মপৈনা, নমায়থোং কৃপ্পদ্র উরগা—
কনানা করম্না য়েংহনা, লৈখিবগেনে পারীও! ॥৩॥
লান্দ হন্দবা অকনবা! ঈমাগী 'মত ওায়জরবা!
পাম্বোম্ তাব থবাক্ মতা, খোরী চিনবান নরেংবান্
হকৃচাং কায়াৎ পুম্বদো, প্রমাণ লৈতনা কজবনিকো!
উরিনিদকো ময়াম্না, লান্দা তুবদো নহাক্না ॥৪॥
থোৎন নৌন কল্লবা! অরাৎপ লৈতন কজবা!
নশা পুম্বা খুৎলায়না, ঈহং নাইহং শাহুনা
উরিনিদকো নহাক্না— কনাম্ব লৈজত্রগুমা?
অহুবু নোংমদোম্বক্নগী, থাজনা লৈমায়দা তারকৃপগুম্
তারিনিদকো লৈমায়দা, ঈমাবু করম্ লৈসিগে? ॥৫॥
মোন্দুম্-মোস্তেক্ মথক্তা, শজোম্গী কোজোনগুম্ ওৌরবা
মোল্লবা কমুং মথক্তা, য়াতাহুনত লৈখিবা নহাক্না
তেম্না নশা য়োম্হনা, হীগ্‌নো লৈরিনিকো পারীও! ॥৬॥
ওম্বোকৃপনি! ঈমা লৈওম্‌ত্রেনে লোয়নবী তালোই ময়াম্না
সেবাত তৌহনা লৈব নহাক্না, লাওজা লমহুই কাকশিংনা
কোয়শিন্দুনা লৈররিনিদকো, ঈমাগী ঈনুঙো অকনৃবা! ॥৭॥
মমাঙৈদা কমুংগী অকোয়বদা, অশৈব য়াক্কায়য়োল্ শক্‌পশিংনা
নগুণবু লৈশি লৈথোন্দুনা, য়াকায়য়োল্ লৈশক্না হৌদোকৃপনিদকো।

যোঽহস্তু যত পুরা হৃষ্টৈঃ সূতমাগধবন্দিভিঃ । সোঽহস্ত ক্রব্যাদ্‌গণৈর্ঘোরৈর্বিনদদ্ভিরুপাস্যতে ॥৮॥
পাণ্ডবেষু চ নাথেষু বৃষ্ণিবীরেষু বা বিভো ।। পাঞ্চালেষু চ বীরেষু হতঃ কেনাপ্যনাথবৎ ॥৯॥
অতৃপ্তদর্শনা পুত্র ! দর্শনস্য তবানঘ ।। মন্দভাগ্যা গমিষ্যামি ব্যক্তমস্ত যমক্ষয়ম্ ॥১০॥
বিশালাক্ষং সুকেশান্তং চারুবাক্যং সুগন্ধি চ । তব পুত্র ! কদা ভূয়ো মুখং দ্রক্ষ্যামি নির্ব্রণম্ ॥১১॥
ধিগ্‌বলং ভীমসেনস্য ধিক্ পার্থস্য ধনুষ্মতাম্ । ধিগ্‌বীর্য্যং বৃষ্ণিবীরাণাং পাঞ্চালানাঞ্চ ধিগ্‌বলম্ ॥১২॥
ধিক্ কেকয়াংস্তথা চেদীন্ মৎস্যাংশ্চৈবাথ সৃঞ্জয়ান্। যে ত্বাং রণগতং বীরং ন শেকুরভিবীক্ষিতুম্ ॥১৩॥
( যুগ্মকম্ )
অদ্য পশ্যামি পৃথিবীং শূন্যামিব হতশ্রিয়ম্ । অভিমন্যুমপশ্যন্তী শোকব্যাকুলচেতনা ॥১৪॥
স্বস্রীয়ং বাসুদেবস্য পুত্রং গাণ্ডীবধন্বনঃ । কথং ত্বাতিরথং বীরং দ্রক্ষ্যাম্যদ্য নিপাতিতম্ ॥১৫॥
হা বীর ! দৃষ্টো নষ্টশ্চ ধনং স্বপ্ন ইবাসি মে । অহো হ্যনিত্যং মানুষ্যং জলবুদ্‌বুদচঞ্চলম্ ॥১৬॥

---

হৌজিক্তি শাহিংচাব শাশিংবা, হৌদোকপনিনা হৌরবিরোইদকো ॥৮॥
অকনবা—ঈমাগী অভিমন্যু, অকনবা নপা-নপলশিংনা
বৃষ্ণি পাঞ্চালগী অকন্‌বাশিংনা ঙাকশেন্দুনা লৈরিব নংনা
কবিগী কনাসু লৈজদ্রবগুম্, লাল্‌কম্‌দা নথরাই থারবা ॥৯॥
দোষ মরীক অমত য়াওদ্রবা ! নংবু ঈমানা য়েংজবদা
মীৎসিনা পেনজবা নাইদবনি, ঐসু লাক্লনি নতুং ই য় ॥১০॥
মিস্না থম্বাল্ কোইরাউনবা ! মুরবা শম্‌জোইনা হাই হুম্বা ।
রাহৈ খোম্থোক মুংশিবা ! কামদেবগুম্ থোইন কজবা !
করম্ব মতম্‌দা ঈমানা, পারী নংবু উগবা' ॥১১॥
অরেম্বনি ভীমসেনগী মপাঙ্গল ! কান্নদ্রবনি অর্জ্জুনগী মথৌনা
বৃষ্ণি পাঞ্চাল অকন্‌বশিংগী, তোল্লব কান্নদ্রব থৌনানি
কেকয় চেদি মৎস্য সৃঞ্জয়শিংগী, পাঙ্গল-থৌনা অরেম্বনি
মখোয় পুল্লপ্পা নঙোন্দা য়েংবিব কাওবা ঙম্‌খিদ্রবা ॥১২-১৩॥

ঈচা অভিমন্যুবু উদবদা, ঙসিদি জগৎ পূম্বসে, ঈহাঙ হাঙনা উথ্রে। পৃথিবী অসিগী মনুংদা কজবা হায়বা করিমত লৈখিদ্রে ॥১৪॥

কৃষ্ণগী মচনগী মপারী, অকনবা অর্জ্জুনগীসু মচানা
নশাগু অতিরথী ওইগ্রবা, নহাক্না লালকম্‌দা তুববু
চাম্বুনে ঈমাগী মুংশিবা, কয়না য়েংহুনা লৈসিগে ॥১৫॥
হা, ঈমাগী অকন্‌বা ! মংলাংদা উরম্বা মণিনা

ইমাং তে তরুণীং ভার্য্যাং ত্বদাধিভিরভিপ্লুতাম্ । কথং সন্ধারয়িষ্যামি বিবৎসামিব ধেনুকাম্ ॥১৭॥
অহো হ্যকালে প্রস্থানং কৃতবানসি পুত্রক । । বিহায় ফলকালে মাং সুগৃধ্যাং পুত্রদর্শনে ॥১৮॥
নূনং গতিঃ কৃতান্তস্য প্রাজ্ঞৈরপি সুদুর্বিদা । যত্র ত্বং কেশবে নাথে সংগ্রামেঽনাথবদ্ধতঃ ॥১৯॥
যজ্বনাং দানশীলানাং ব্রাহ্মণানাং কৃতাত্মনাম্ । চরিতব্রহ্মচর্য্যাণাং পুণ্যতীর্থাবগাহিনাম্ ॥২০॥
কৃতজ্ঞানাং বদান্যানাং গুরুশুশ্রূষিণামপি । সহস্রদক্ষিণানাঞ্চ যা গতিস্তামবাপ্নুহি ॥২১॥ (যুগ্মকম্)
যা গতির্যুধ্যমানানাং শূরাণামনিবর্ত্তিনাম্ । হত্বারীন্ নিহতানাঞ্চ সংগ্রামে তাং গতিং ব্রজ ॥২২॥
গোসহস্রপ্রদাতৄণাং ক্রতুদানাঞ্চ যা গতিঃ । নৈবেশিকঞ্চাভিমতং দদতাং যা গতিঃ শুভা ॥২৩॥

---

তাইবংদা ম্যাওখি উখিদবগুম্, ঈমাগী মীত্তগী মাঙশ্রব। ।
তাইবং মীওইব মপোকসে, ঈপাক্কী কোঙ্গোলগুম্ লৈবোরেকো ॥১৬॥
ঈমাগী ঈবুঙো অভিমন্যু ! নংগী লোইনবী তনৌবী
উত্তরা কৌবী শকহেনবী নংগী কায়ন মৈশা লাং
লৈমায়থক্ত রাম্বরী ! মচা কায়নবী শম্বীগুম্বী
পাঙ্গল শোল্লবী ঐহাক্কা, মহাকপু করম্ব কনসিগে ? ॥১৭॥
ঈমাগী ঈবুঙো ভুংশিবা ! মচাগী মশক্ত উনিংবী
মচা পোকচবগী মহৈবু— কংগুম্দাই চারম্দাই মতম্দা
পাম্বী নংদি নমা ঐবু, ভুংশিদহুনা চৎপ্রবোই ? ॥১৮॥
বিধাতানা লাইবক্তা তম্থ্রবা, জ্ঞানী পণ্ডিতকাও খঙহন্দবোই ?
কৃষ্ণগুম্বনা ভাক্-শেল্লিবা, নহাক্কা চঙজকম্ লৈত্রগুম্
চহী মতাং চাদনা— অমং য়াইথোং কুম্থ্রবা ॥১৯॥
ঈমাগী ঈবুঙো অভিমন্যু ! ঈমানা বর পীগেকো ।
যজ্ঞদান দক্ষিণা মপূং কানা তৌথ্রবা,
ব্রহ্মচারী ওইহনা তীর্থ পুণ্য কোয়রবা
তৌবিমল খঙবা পুকচেল চাউবা, গুরু সেবা তত্তনা তৌবা
সনা থৃণবী লিশিং লিশিং, ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌখিবা।
মখোয়না কংখিবা গতিদো,
কংব ওইয়ুকো অকনবা ॥২০—২১॥
মমায় ওন্দন লালকম্দা, মথরাই কৎলগ্ন ক্ষত্রিয়শিংনা
কংখিবা অথোইবা খুভম্দো, কংঙ্কো ঈমাগী ইবুঙো ! ॥২২॥
শনবী লিশিং দান তৌহনা, যজ্ঞ করাবু লিংখৎখিবা,
ময়ুম্ লৈত্রবা মীশিংদা, ময়ুম্ শাবিহনা লৈহনবা,

ব্রাহ্মণেভ্যঃ শরণোভ্যো নিধিং নিদধতাশ্চ যা । যা চাপি ন্যস্তদণ্ডানাং তাং গতিং ব্রজ পুত্রক ! ॥২৪॥

( যুগ্মকম্ )

ব্রহ্মচর্য্যেণ যাং যান্তি মুনয়ঃ সংশিতব্রতাঃ । একপত্ন্যশ্চ যাং যান্তি তাং গতিং ব্রজ পুত্রক ! ॥২৫॥

রাজ্ঞাং সুচরিতৈর্যা চ গতির্ভবতি শাশ্বতী । চতুরাশ্রমিণাং পুণ্যৈঃ পাবিতানাং সুরক্ষিতৈঃ ॥২৬॥

দীনানুকম্পিনাং যা চ সততং সংবিভাগিনাম্ । পৈশুন্যাচ্চ নিবৃত্তানাং তাং গতিং ব্রজ পুত্রক ! ॥২৭॥

( যুগ্মকম্ )

ব্রতিনাং ধর্ম্মশীলানাং গুরুশুশ্রূষিণামপি । অমোঘাতিথিনাং যা চ তাং গতিং ব্রজ পুত্রক ! ॥২৮॥

কৃচ্ছ্রেষু যা ধারয়তামাত্মানং ব্যসনেষু চ । গতিঃ শোকাগ্নিদগ্ধানাং তাং গতিং ব্রজ পুত্রক ! ॥২৯॥

---

মচাক্ শুনা পীবিদুনা, মখোয়গী মথরাই পেল্হনবা,
চঙজকম্ লৈত্রবা ব্রাহ্মণদা, চঙজকম্ লল্ পীবিবা
নাপল্-থোয়ব থাদোক্তুনা মরলবু মীদস্তু কাম্নহনবা
মখোয়না ফংখিবা খুভম্দো, ফংঙ্কো ঈমাগী অকনবা ! ॥২৩-২৪॥
ব্রত কল্লবা ব্রহ্মচারীনা ফংবা, লোয়নবী 'মতগ লোয়ননা

যজ্ঞ দান তৌদুনা গৃহস্থ ধর্ম্ম ঙাকখিবা,
মখোয়না ফংখিবা পুণ্য চেল্লবা

অশেংবা খুভম্ অদুবু, ফংঙ্কো—ঈমাগী ঈবুঙো ॥২৫॥
আশ্রম মারি কায়দনা চৎপা, মরমচৎ ফজবা প্রজাশিংগী
পুণ্য-ধর্ম্ম-কর্ম্মবু, ঙাক্‌শনবা অকনবা নিংথৌনা
ফংখিবা খুভম অদুবু, অদুগা তোল্লব মীশিংবু
চঙজকম লৈত্রবা জীবদা চঙজকম পীবা পূকচেল চাউবা
মখোয়না ফংখিবা খুভম্দো অদুগা মশাগী থাক্লগা
অরেম্বা মরল্ মথুম্ব শাগৈ নাতৈ-লায়রবদা
রেন্দুনা পীজবা মখোয়দুনা অদুগা মপূক্‌চেল খোয়দবা
চীরোল তৌদবা মীশিংনা, ফংখিবা পুণ্যচেল্লবা
খুভম্ অদুদা নহাক্সু ফংবা ওইয়ুকো ঈবুঙো ॥২৬—২৭॥
ব্রতকন্‌ব-ধর্ম্মচেন্‌বা, অতিথি-গুরুদা ভক্তি লৈবা
মখোয়না ফংবা মফম্দো নহাকসু ফংবা ওইয়ুকো ॥২৮॥
অরাবা-খুদোংথীরবা, তারবা মতম্দা তপথবা
বুদ্ধি চোইদবা মীশিংনা, ফংবা গতিদো নংসু ফংঙু ॥২৯॥

পিতুর্মাতুশ্চ শুশ্রূষাং কুর্ব্বন্তীহ যে সদা। স্বদারনিরতানাঞ্চ যা গতিস্তামবাপ্নুহি ॥৩০॥
ঋতুকালে স্বকাং পত্নীং গচ্ছতাং যা মনস্বিনাম্। পরস্ত্রীভ্যো নিবৃত্তানাং তাং গতিং ব্রজ পুত্রক। ॥৩১॥
সাম্না যে সর্বভূতানি পশ্যন্তি গতমৎসরাঃ। নারুন্তুদানাং ক্ষমিনাং যা গতিস্তামবাপ্নুহি ॥৩২॥
মধুমাংসনিবৃত্তানাং মদাদ্দম্ভাত্তথানৃতাৎ। পরোপতাপত্যক্তানাং তাং গতিং ব্রজ পুত্রক! ॥৩৩॥
হ্রীমন্তঃ সর্ব্বশাস্ত্রজ্ঞা জ্ঞানতৃপ্তা জিতেন্দ্রিয়াঃ। যাং গতিং সাধবো যান্তি তাং গতিং ব্রজ পুত্রক! ॥৩৪॥
এবং বিলপতীং দীনাং সুভদ্রাং শোককর্ষিতাম্। অভ্যপদ্যত পাঞ্চালী বৈরাটিসহিতাং তদা ॥৩৫॥
তাঃ প্রকামং রুদিত্বা চ বিলপ্য চ সুদুঃখিতাঃ। উন্মত্তবত্তদা রাজন্! নিঃসংজ্ঞা ন্যপতন্ ক্ষিতৌ ॥৩৬॥
সোপচারস্তু তাঃ কৃষ্ণো দুঃখিতা ভৃশদুঃখিতঃ। সিক্ত্বাম্ভসা সমাশ্বাস্য তত্তদুক্ত্বা হিতং বচঃ ॥৩৭॥
বিসংজ্ঞকল্পাং রুদতীং মর্ম্মবিদ্ধাং প্রবেপতীম্। ভগিনীং পুণ্ডরীকাক্ষ ইদং বচনমব্রবীৎ ॥৩৮॥( যুগ্মকম্ )
সুভদ্রে! মা শুচঃ পুত্রং পাঞ্চাল্যাশ্বাসয়োত্তরাম্।। গতোঽভিমন্যুঃ প্রথিতাং গতিং ক্ষত্রিয়পুঙ্গবঃ ॥৩৯॥

---

মমা মপাবু লুনা তৌবা কিনা-থাজনা-নুংশিনা চৎপা।
মখোয়গী সেবাদা পুক্নীং চঙবা, মখোয়ন কংবা খুভম্দু কংঙু ॥৩০॥
অতোপ্পগী নুপীদ পুক্নীং চঙদবা, বিধি কায়দনা ঋতু পালন তৌবা
মখোয়না কংবা খুভম্দো, নহাকনু কংবা ওইসনু ॥৩১॥
কনাবুসু কল্লক্ য়েংথিরুদবা, থম্মোয় শোক্না মীবু রাহল্লুদবা
কন্‌বিহৈবা মীবু নুংশি হৈবা জীব পুম্নবু ঈনুংত নুংশিবা
মখোয়না কংখিবা খুভম্দো, ঈমাগী ঈবুঙো। কংঙুকো ॥৩২॥

মুথক্তবা, শাহিং চাদবা, ময়াইকাবা পোৎ চাহনা শিনি নানি খঙদবা, লমচৎ চৎলুদবা, মী অমনা থম্মোয় শোক্ন রাখি শাউখিগদবা খবক তৌদবা অমদি ঙাঙশক্তবা, অঙ্কম ওইবা মহাত্মাশিংনা কংখিবা পুণ্যচেল্লবা মক্ম্ অদুদা, ঈবুঙো। অকনবা অভিমন্যু। নহাক্নু কংবা ওইসন্নুকো ॥৩৩॥ শাস্ত্র পুম্নগী জ্ঞান লৈবা, ঈকায়বা খঙবা, জ্ঞান বুদ্ধিতনা অপেনবা-নুংঙাইবা কংজরবা, ইন্দ্রিয় থুঙ্গমচনবা সাধু মহাত্মাশিংনা কংবা অদুগুম্ব। গতি অদু নহাকনু কংবা ওইরসনু" ॥৩৪॥ মচা কায়নবগী মৈশা লাংলবী সুভাদ্রান। মতৌ অস্নুম্না মমৌ সত্তী উত্তরাগা তেংথা নাওইনা লৈরিঙৈ তাঙ্গাসিদা দ্রোপদীনু হেক লাক্ই ॥৩৫॥ অদুদগীদি, নিংথৌ! মহাকনু অঙাওবীগী মতৌগুম্ মশম্ মনা ঈকাকাহুনা তেংথা নাওইনা কপ্ন-কপ্না লৈমায়থক্ত জ্ঞান তাদনা রাম্বহুনা ভুখি ॥৩৬॥ থম্মাল মীত্তা তারবা, অনৌবা নোংগী কুচুপুবা শ্রীকৃষ্ণনা সুভদ্রা, উত্তরা, দ্রোপদী মখোয় অহুমু নীঙথিবা-অথোৎপা রাহৈনা থেথজিল্লগা, কান্নবা নীঙথিবা পাউত্তাক্না জ্ঞান তাদনা রাম্বহুনা লৈরিবী, থম্মোয় কায়রবী, মশা থকৃথক্ নীক্রবী মচন নুপী সুভদ্রাদা অস্নুমা হায়খি :—॥৩৭—৩৮॥ সুভদ্রা! অদুগা দ্রোপদী! কনিগী কাহেজ রাবগে? নখোয় অনী

যে চাপ্যন্যেঽপি কুলে সন্তি পুরুষা নো বরাননে। । অভিমন্যোর্গতিং যান্তু সর্ব্বে তে বৈ মনস্বিনঃ ॥৪০॥
কুর্য্যাম তথয়ং কর্ম্ম ক্রিয়াস্থ সুহৃদশ্চ নঃ। কৃতবান্ যাদৃশং হ্যেকস্তব পুত্রো মহাবলঃ ॥৪১॥
এবমাশ্বাস্য ভগিনীং দ্রৌপদীমপি চোত্তরাম্। পার্থস্যৈব মহাবাহুঃ পার্শ্বমাগাদরিন্দমঃ ॥৪২॥
ততোঽভ্যনুজ্ঞায় নৃপান্ কৃষ্ণো বন্ধুংস্তথার্জ্জুনম। বিবেশান্তঃপুরং রাজন্। তে চ জগ্মুর্যথালয়ম্ ॥৪৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্বণি
প্রতিজ্ঞায়াং সুভদ্রাবিলাপে উনসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ।০। *

---

চঙহনা নমৌনুবী উত্তরাসিবু থর থেম্জিন্বিয়ু। নচানিপা অকন্বা অভিমন্যু হায়বদো অথোইবা, মীনা কংঙম্দ্রবা খুভম্ কংথ্রবনি ॥৩৯॥ ঈবেম্মা। ঐখোয়গী বংশদা পোক্খিবা অকল্ অথৌশিং অদুস্ অভিমন্যুনা চৌথ্রবা মকম্ অদুদা চৌখি চৎখিবা ঙাক্কনি ॥৪০॥ "সুভদ্রা! নচানিপা অকন্বা অভিমন্যু মথস্তনা তৌরম্বা থবক্ অসে ঐখোয়স্থ পুন্নপ্প। তৌবা ঙম্গনি অদুগা ঐখোয়গী মরূপ মপাং খোঙমী লাম্মী পূম্নমক্স পুল্লপ্প। তৌবা ঙম্খিগনি ॥৪১॥" অসিনচিংবা মনুংদা অথ লৈবা রাহৈনা সুভদ্রা দ্রৌপদী উত্তরা অদুস্ থেম্জিনবিরম্নগা কৃষ্ণ অসি অর্জ্জুনগী নাক্ তাম্ন অমুক্ চৎখি ॥৪২॥ মহারাজ! মতৌ অসুম্না কৃষ্ণনা নিংথৌ অতৈ, খোঙমী লাম্মী অদুগা অর্জ্জুনবুস্থ মাগী লালশংদা চঙহনা অহিং অদু পোথাদুনা লেম্নবা য়াথং পীরগা মশামক্সু মাগী লালশংদা চঙখি। অতৈ অতৈস্থ মাগী মাগী লালশংদা চৎনখিহনা পোথাখি ॥৪৩॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা প্রতিজ্ঞাগী মনুংদা সুভদ্রা শাসনগী হুন্ফ্মাপলগুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## সপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ

হুন্দ্ তরাশুবা অধ্যায়

( কৃষ্ণগা দারুক সারথিগা ওাও্নবা মতাং )

———:*:———

সঞ্জয় উবাচ।

ততোঽর্জ্জুনস্য ভবনং প্রবিশ্যাপ্রতিমং বিভুঃ। স্পৃষ্ট্বাম্ভঃ পুণ্ডরীকাক্ষঃ স্থণ্ডিলে শুভলক্ষণে।
সন্তস্তার শুভাং শয্যাং দর্ভৈর্বৈদূর্য্যসন্নিভৈঃ ॥১॥
ততো মাল্যেশ্চ বিধিবদ্‌গন্ধৈর্লাজৈঃ সুমঙ্গলৈঃ। অলঞ্চকার তাং শয্যাং পরিবার্য্যায়ুধোত্তমৈঃ ॥২॥
ততঃ স্পৃষ্টোদকে পার্থে বিনীতাঃ পরিচারকাঃ। দর্শয়ন্তোঽন্তিকে চক্রুর্নৈশং ত্রৈয়ম্বকং বলিম্ ॥৩॥
ততঃ প্রীতমনাঃ পার্থো গন্ধৈর্মাল্যৈশ্চ মাধবম্। অলঙ্কৃত্যোপহারং তং নৈশং তস্মৈ ন্যবেদয়ৎ ॥৪॥
স্ময়মানস্তু গোবিন্দঃ ফাল্গুনং প্রত্যভাষত। সুপ্যতাং পার্থ! ভদ্রং তে কল্যাণায় ব্রজাম্যহম্ ॥৫॥
স্থাপয়িত্বা ততো দ্বাস্থান্ গোপ্তৄংশ্চাত্তায়ুধান্ নরান্। দারুকানুগতঃ শ্রীমান্ বিবেশ শিবিরং স্বকম্।
শিশ্যেঽথ শয়নে শুভ্রে বহু কৃত্যং বিচিন্তয়ন্ ॥৬॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—অসিগী তুংদা মতীক্ মগুণ চাউরবা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী নীওথিজরবা লালশং অদুদা চঙখিদুনা, খোঙখুৎ শেংনা হামদোক্লনা নীওথিজরবা, দোষ করিমত লৈত্রবা মকম্ অমদা লৈমায়থক্তা বৈদূর্য্যমণিগী' মতৌগুম্না শংলবা কুশ থাদুনা কমুং শেম্‌খি ॥১॥ অদুগী তুংদা কৃষ্ণনা শয্যা অদুগী অকোয়বদা ফর ফরবা থোরবা খুৎলায়না ঈকোয় কোয়না থম্‌দুনা, ধূপদীপ লৈপরেংনচিংবা মঙ্গলগী দ্রব্য পূম্নমক্না শয্যা অদুগী লৈতেং ওইনা শেম্‌খি ॥২॥ অর্জ্জুননা হকচাং শেংদোকপা আচমননচিংবা তৌবা লোইরবদা মীনায় মীশল্‌শিংনা শীল্লাওদুনা, শয্যা অদুগী মনাক্তা অহিং অগুদা তৌননবা শিবগী পূজাগী সামগ্রী পূম্নমক্ পৈশিনখি ॥৩॥ অর্জ্জুননা পূক্নীং হকচাং মকারাম্না, মনম্ নুংশিরবা লৈপরেংনচিংবনা কৃষ্ণবু লৈতেংলবা, অহিং অগুদা লাওলিবা পোচৈ খিবিক্না শিবগী পূজা তৌখি ॥৪॥ মতম্ অদুদা, কৃষ্ণনা মোমোম্নোক্লনা অর্জ্জুনদা অস্নম্না হায়খিঃ—অর্জ্জুন! কমুং চঙলো; তুমলো, নংনা শোয়দনা মঙ্গল ওইগনি। ঐ নংগী মঙ্গল ওইননবা উপায় থল্লুখিগে চৎলে ॥৫॥ অসি হায়রম্লগা অনৌবা নোংগী কুচু পুরবা মোমোন্তনোকপা শ্রীকৃষ্ণনা অতৈ অতৈ লাম্নীরবী খিবিকপুম্ অদুগা থোঙশঙ্বা কর্ম্ম-চারী অতৈ অতৈবুসু মাগী মাগী তুম্ফম হীপকম্‌দা চঙনা পোথাখিনবা অমদি তুমখিনবা য়াথং

পার্থায় সর্বং ভগবান্ শোকদুঃখাপহং বিধিম্। ব্যদধাৎ পুণ্ডরীকাক্ষস্তেজোদ্যুতিবিবর্দ্ধনম্ ॥৭॥
যোগমাস্থায় যুক্তাত্মা সর্ব্বেষামীশ্বরেশ্বরঃ। শ্রেয়স্কামঃ পৃথুযশা বিষ্ণুর্জিষ্ণোঃ প্রিয়ঙ্করঃ ॥৮॥
(যুগ্মকম্)

ন পাণ্ডবানাং শিবিরে কশ্চিৎ সুষাপ তাং নিশাম্। প্রজাগরঃ সর্ব্বজনং হ্যাবিবেশ বিশাংপতে ! ॥৯॥
পুত্রশোকাভিভূতেন প্রতিজ্ঞাতো মহাত্মনা। সহসা সিন্ধুরাজস্য বধো গাণ্ডীবধন্বনা ॥১০॥
তৎ কথং নু মহাবাহুর্বাসবিঃ পরবীরহা। প্রতিজ্ঞাং সফলাং কুর্য্যাদিতি তে সমচিন্তয়ন্ ॥১১॥
কষ্টং হীদং ব্যবসিতং পাণ্ডবেন মহাত্মনা। স চ রাজা মহাবীর্য্যঃ পারয়ত্বর্জ্জুনঃ স্ম তাম্।
পুত্রশোকাভিতপ্তেন প্রতিজ্ঞা মহতী কৃতা ॥১২॥
ভ্রাতরশ্চাপি বিক্রান্তা বহুলানি বলানি চ। ধৃতরাষ্ট্রস্য পুত্রেণ সর্ব্বং তস্মৈ নিবেদিতম্ ॥১৩॥
স হত্বা সৈন্ধবং সংখ্যে পুনরেতু ধনঞ্জয়ঃ। জিত্বা রিপুগণাংশ্চৈব পারয়ত্বর্জ্জুনো ব্রতম্ ॥১৪॥
অহত্বা সিন্ধুরাজং হি ধূমকেতুং প্রবেক্ষ্যতি। ন হ্যসাবনৃতং কর্ত্তুমলং পার্থো ধনঞ্জয়ঃ ॥১৫॥

শীরম্লগা দারুককা লোয়ননা মশাগী লালশংদা চঙশিন্খি। য়াম্না চিন্তা তৌনা তৌনা শয্যা-থক্তা চেপথখি ॥৬॥ মহারাজ! জগৎকী মনুংদা খ্বাইদগী মতীক মঙ্গল চাউরবা, মহাক্কী মিংচৎনা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড শীন্থুংগ্রবা, জগৎ পুম্বগী হর্ত্তা-কর্ত্তা ওইরবা অর্জ্জুনগী আত্মাদগী তোঙাঙ্গ্রবা, অর্জ্জুনগী মঙ্গল ওইননবতা থল্লবা, জগত্তা লৈরিবা জীবপুম্বগী মনাও থুংননবতা শীল্লিবা কৃষ্ণ অসি অগানবদা শিবগী উপাসনা অমদি সেবা পূজ তৌননবগী নিয়ম বিধি পুম্বা অর্জ্জুনদা তাক্-লম-হায়রম্লগা লালশংদা চঙখিবনি ॥৭—৮॥ অদুগা মহারাজ! মাত্তুগী মুমিংকী অহিংদা পাণ্ডব পক্ষগী কনাগুম্বা অমতম্থ তূম্নখিদে। মী পুম্নমক্ লাওতক্লবা নুংঙাইতবনা, তূম্বা চঙনখিদে ॥৯॥ পুক্চেল চাউরবা অর্জ্জুননা মচা হাৎখিবগী নুঙাইতবনা জয়দ্রথবু হাৎকে হায়না রাশকৎখ্রে। অদুনা য়েক্লবা ভম্বা, মতীক্ মপৌনা লৈরবা অর্জ্জুননা মতৌ কবম্না জয়দ্রথবু হাৎগগবা" অসুম্ হায়না খন্দুনা মী পুম্নমক অসি তূম্ব চঙদনা চিন্তা তৌদুনা অহিং অদু লেনখি ॥১০॥

"মহাত্মা ওইরবা অর্জ্জুননা, মচাবু ধর্ম্ম কায়না হাৎখিবগী নুংঙাইতবনা অয়ায়বা নত্রবা থবক অমবু তৌগদৌরি। অকিব ফংনা রাশকত্রে। জয়দ্রথস্থ খোইনা কল্লবা অমনি, অদুগা দ্রোণমক্লা কন্গনি হায়নস্থ রাশক্লি হায়রি। অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরনস্থ অর্জ্জুনগী মঙ্গল ওইসনু"—॥১২॥ "অমরোমদা দুর্য্যোধননস্থ মনাও'শং অমদি অকনবশিংদা জয়দ্রথবু ঙাকশেম্নবা চেকশিন্ন পাউতাক পীখ্রে—হায়রি" ॥১৩॥ "অদুমকপু, অকন্বা অর্জ্জুননা হয়েংগী নুমিত্তা জয়দ্রথবু হাৎতুনা হল্লকসনু। যেক্লবা পুন্নমক্পু ভমহুনা রাশকখিবদু থুংঙসনু। মৈমুং চোংশিন্দুনা থম্বাই থাব-রাশক্লগীস্থ লাম্থোকগ্রসনু"—॥১৪॥ "হয়েংগী মনুংদা অর্জ্জুননা জয়দ্রথবু হাৎপ মঙস্রবদি, রাশকচেৎপা অর্জ্জুনদি রাশক্কী মতুং ইন্না শোয়দনা মৈমুংদা মথরাই থাগদৌরিবনি।

ধর্ম্মপুত্রঃ কথং রাজা ভবিষ্যতি মৃতেঽর্জ্জুনে। তস্মিন্ হি বিজয়ঃ কৃৎস্নঃ পাণ্ডবেন সমাহিতঃ ॥১৬॥
যদি নঃ সুকৃতং কিঞ্চিদ্‌যদি দত্তং হুতং যদি। ফলেন তেন সর্ব্বেণ সব্যসাচী জয়ত্বরীন্ ॥১৭॥
এবং কথয়তাং তেষাং জয়মাশংসতাং প্রভো। কৃচ্ছ্রেণ মহতা রাজন্! রজনী ব্যত্যবর্ত্তত ॥১৮॥
তস্যা রজন্যা মধ্যে তু প্রতিবুদ্ধো জনার্দ্দনঃ। স্মৃত্বা প্রতিজ্ঞাং পার্থস্য দারুকং প্রত্যভাষত ॥১৯॥
অর্জ্জুনেন প্রতিজ্ঞাতমার্ত্তেন হতবন্ধুনা। জয়দ্রথং হনিষ্যামি শ্বোভূত ইতি দারুক। ॥২০॥
তাত্তু দুর্য্যোধনঃ শ্রুত্বা মন্ত্রিভির্মন্ত্রয়িষ্যতি। যথা জয়দ্রথং পার্থো ন হন্যাদিতি সংযুগে ॥২১॥
অক্ষৌহিণ্যো হি তাঃ সর্ব্বা রক্ষিষ্যন্তি জয়দ্রথম্। দ্রোণশ্চ সহ পুত্রেণ সর্ব্বাস্ত্রবিধিপারগঃ ॥২২॥
একো বীরঃ সহস্রাক্ষো দৈত্যদানবমর্দ্দিতা। সোঽপি তং নোৎসহেতাজৌ হন্তুং দ্রোণেন রক্ষিতম্ ॥২৩॥
সোঽহং শ্বস্তৎ করিষ্যামি যথা কুন্তীসুতোঽর্জ্জুনঃ। অপ্রাপ্তেঽস্তং দিনকরে হনিষ্যতি জয়দ্রথম্ ॥২৪॥
নহি দারা ন মিত্রাণি জ্ঞাতয়ো ন চ বান্ধবাঃ। কশ্চিদন্যঃ প্রিয়তমঃ কুন্তীপুত্রান্মমার্জ্জুনাৎ ॥২৫॥
অনর্জ্জুনমিমং লোকং মুহূর্ত্তমপি দারুক। উদীক্ষিতুং ন শক্তোঽহং ভবিতা ন চ তত্তথা ॥২৬॥

---

মরমদি পৃথাগী মচা অর্জ্জুন হায়বা নিপা অসি মচীম্না অমুক্তংবু হায়দোক্প্রবদি লোইরে ॥১৫॥ অর্জ্জুনবু শিপ্রবদা কদাইদনো নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা ওইগদবা ? মরমদি রাজ্য সম্পাতি পুম্বা ময়াম্বা যুধিষ্ঠিরনা অর্জ্জুনদা শিন্নদুনা থম্মিবনি ॥১৬॥ "অদুনা, ঐখোয়না ঐখোয়গী মমাঙৈদা তৌজখিবা দান ধর্ম্ম যজ্ঞব্রতশিং অদুগী মহৈদুনা অর্জ্জুননা মাগী য়েরুববু ওম্বা ওইসনু। মহে অদো, ঐখোয় কংজয়রোই" ॥১৭॥ মহারাজ! মতৌ অসুম্না, অহিং অদুমা, পাণ্ডব পক্ষগী মীপুম্বা ভগবান্দা বর নীঙুনা, জয়কাৎ লাউদুনা য়াম্না রানা লাঙ্‌তরুনা মতম লেন্‌খি ॥১৮॥ আসোম্‌দনা, অলশং মনুংদা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী রাশক্ অদুগী মরমদা খন্দুনা, অদুগ মাদুত নীঙশিংদুনা তুম্বা য়াদতনা, অহিং অথেঙবা ( নোংয়াইগীদুরাইদ ) দা হৌগত্‌না দারুকপু য়েংদুনা হায়খি ॥১৯॥ দারুক! অর্জ্জুননা মচা হাৎখিবগী সুংঙাইতবা-শাউবনা, জয়দ্রথবু হাৎকে হায়না রাশক্খ্রেদো। মাসি হয়েং নোংঙাল্লকপগী লান্দনি, লাপ্প নত্রে ॥২০॥ দারুক! অর্জ্জুনগী রাশক অসি তাবদগী দুর্য্যোধননা মাগী মন্ত্রীশিংগা, অর্জ্জুননা জয়দ্রথ হাৎখিদনবা রা তানগদৌরি ॥২১॥ হয়েংগী মনুংদা অক্ষৌহিণী তরামাথোইনা পুল্লগা. খুৎলায় পুম্বা শুনা হৈরবা দ্রোণগী মচা অশ্বথামাগা লোয়ননা জয়দ্রথবু ঙাকশেন্দুনা লৈগদৌরি ॥২২॥ দারুক! দৈত্যদানব ময়াম্বু মায়থীবা পীঙম্বা, কনবদা মথন্ত ঙাম্নরবা, লাইরৈবাক্কী নিংথৌ ইন্দ্রমকম্নু দ্রোণনা ঙাকশেন্দুনা-কন্দুনা থম্লবা জয়দ্রথবু পাক্ হাৎপা ঙম্লোই ॥২৩॥ অদুনা, দারুক! হয়েংগী মনুংদা অর্জ্জুননা, নুমিৎ তাত্রিঙৈদা জয়দ্রথবু হাৎখিনবসি ঐনা শীনবা তারি ॥২৪॥ দারুক! নুপী অঙাং খঙদে, ঐগী শাগৈ-নাতৈ মরূপ-মপাং খঙদে, জগৎ অসিদা অর্জ্জুনগা মান্নবা নুংশিবা ঐগী মরূপ অম লৈত্রে ॥২৫॥ অমুক কম্নি হায়পনি, দারুক! মীকুপ্‌ অমমক্তু অর্জ্জুন য়াওদনা, ঐ জগৎ অসিবু য়েংদুনা লৈবা ঙম্দে। অদুগা হৌজিক উরিবা জগৎ অসে,

অহং বিজিত্য তান্ সর্ব্বান্ সহসা সহদ্বিপান্ । অর্জ্জুনার্থে হনিষ্যামি সকর্ণান্ সসুযোধনান্ ।২৭।
শ্বো নিরীক্ষন্তু মে বীর্য্যং ত্রয়ো লোকা মহাহবে । ধনঞ্জয়ার্থে সমরে পরাক্রান্তস্য দারুক । ।২৮
শ্বো নরেন্দ্রসহস্রাণি রাজপুত্রশতানি চ । সাশ্বদ্বিপরথান্যাজৌ বিদ্রবিষ্যন্তি দারুক । ।২৯।
শ্বস্তাং চক্রপ্রমথিতাং দ্রক্ষ্যসে নৃপবাহিনীম্ । ময়া ক্রুদ্ধেন সমরে পাণ্ডবার্থে নিপাতিতাম্ ।৩০।
শ্বঃ সদেবাঃ সগন্ধর্ব্বাঃ পিশাচোরগরাক্ষসাঃ । জ্ঞাস্যন্তি লোকাঃ সর্ব্বে মাং সুহৃদং সব্যসাচিনঃ ।৩১।
যস্তং দ্বেষ্টি স মাং দ্বেষ্টি যস্তমনু স মামনু । ইতি সঙ্কল্পাতাং বুদ্ধ্যা শরীরার্দ্ধং মমার্জ্জুনঃ ।৩২।
তথা ত্বং মে প্রভাতায়ামস্যাং নিশি যথোত্তমম্ । কল্পয়িত্বা যথাশাস্ত্রমাদায় ব্রজ সংযতঃ ।৩৩।
গদাং কৌমোদকীং দিব্যাং শক্তিং চক্রং ধনুঃ শরান্ । আরোপ্য বৈ রথে সূত । সর্ব্বোপকরণানি চ ।৩৪।
স্থানঞ্চ কল্পয়িত্বাথ রথোপস্থে ধ্বজে ত্বমে । বৈনতেয়স্য বীরস্য সমরে রথশোভিনঃ ।৩৫।
ছত্রং জাম্বুনদৈর্জালৈরর্কজ্বলনসন্নিভৈঃ । বিশ্বকর্ম্মকৃতৈর্দিব্যৈরশ্বানপি বিভূষিতান্ ।৩৬।

---

অসিসু, মহাক্ য়াওরমক্রবদি অসুম্না লৈয়ু য়ারম্মোক্টদৌবানি ॥২৬॥ * ঐনা, অর্জ্জুন মাগীদমক, কর্ণ-দুর্য্যোধননচিংবা অকনবশিংবু মাগী মাগী শগোল্ শামু খোঙমী লান্মীশিংগা লোয়ননা তুম্না মাঙহনগনি ॥২৭॥ দারুক ! হয়েংগী নুমিত্তা, ঐনা অর্জ্জুনগীদমক লাঞ্জাওদা তৌগদৌরিবা থবক্ অসি উরগা ঐ অাস কয়া য়াম্না কন্‌বহৈবগে হায়বহু মরোল্ অহুম্না উনহৌরনি ॥২৮॥ দারুক ! হয়েংগী লাঞ্জাওদা য়েরুবা কাওবুগী কল্লবা ক্ষত্রিয় নিংথৌ চামচাম লিশিং লিশিংনা মাগী মাগী শগোল শামু খোঙমী লান্মীগা লোয়ননা মায়কৈ মরি কাংহুনা চেন্নগদৌরি ॥২৯॥ দারুক ! ঐনা শাউহুনা দুর্য্যোধন লান্মী তেঙ্গোল পুম্ববু চক্রনা নৈথায়বহু উগদবা হয়েংত মঙায়রে ॥৩০॥ লাইহংচাবা, গন্ধর্ব্ব কিন্নর পুম্নমক্না অর্জ্জুন হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী চান্নথোইরব মরূপ ওইরবোইরে হায়বসি খংহনগে ॥৩১॥ অর্জ্জুনগী যেরুবদো, ঐগী য়েরুবনি, অর্জ্জুনবু নুংশিবিবদো কৃষ্ণ ঐবু নুংশিরিবনি হায়বসি, অদুগা অর্জ্জুন হায়ব নিপাসি কৃষ্ণ ঐগী হকচাং তংখাইনি হায়বসি হয়েংমক ময়ামনা খঙজরসনু ॥৩২॥ অদুনা দারুক ! হয়েং হক্ নোংঙানবগা, রথ অসি যুদ্ধ শাস্ত্রগী নিয়ম মতু ইন্না ফজনা শেম্শাহুনা থোরাং লোইহুন লৈয়ু ॥৩৩॥ দারুক সারথি ! নহাক্না ঐগী কৌমোদকী গদা, থৌরবা শাংলবা তা, লীরুতেল, অসি নত্তবা লালগী অতৈ থুংলায় পুম্ব হাপকৎতুনা রাং চাউরবা কিরাল্ মথক্ত গরুড়গী কন্ফম্ শাহুনা থম্মু । বিশ্বকর্ম্মানা শাবা, নুমিৎ অমদি মৈগী মতৌগুম্ তেজ লৈরবা সনা হৎপা কীজোম্না কুপ্না, লৈতেং পুম্বনা থল্লবা শৈব্য, সুগ্রীব, মেঘপুষ্প কলাহক কৌবা শগোল্ মরিবু, রথদা পান্‌শিন্দুনা, নশামকুম্নু লালফুরিৎ লীৎশিন্দুনা থোরাং লোইহুনা লৈয়ু ॥৩৪-৩৭॥ অদুগী

---

* টীকা ঃ—জীবব্রহ্মগী সাকার মূর্ত্তি ওইবা নরনারায়ণ অনীগী শায়োন ওইবা কৃষ্ণ অনীগী মনুং অর্জ্জুন য়াওদনা হায়বদি জীব শক্তি য়াওদনা, নিরাকার ব্রহ্মতনা জগৎপু ঙাকপা য়াদে হায়বনি ।

বলাহকং মেঘপুষ্পং শৈব্যং সুগ্রীবমেব চ । যুক্ত্বা বাজিবরান্ যত্তঃ কবচী তিষ্ঠ দারুক ! ॥৩৭॥
( কলাপকম্ )

পাঞ্চজন্যস্য নির্ঘোষমার্ষভেণৈব পূরিতম্ । শ্রুত্বা সুভৈরবং নাদমুপযায়া জবেন মাম্ ॥৩৮॥

একাহ্নাহমমর্ষঞ্চ সর্ব্বদুঃখানি চৈব হ । ভ্রাতুঃ পৈতৃষস্রেয়স্য ব্যপনেষ্যামি দারুক ! ॥৩৯॥

সর্ব্বোপায়ৈর্যতিষ্যামি যথা বীভৎসুরাহবে । পশ্যতাং ধার্ত্তরাষ্ট্রাণাং হনিষ্যতি জয়দ্রথম্ ॥৪০॥

যস্য যস্য চ বীভৎ সুর্বধে যত্নং করিষ্যতি । আশংসে সারথে ! তত্র ভবিতাস্য ধ্রুবো জয়ঃ ॥৪১॥

দারুক উবাচ ।

জয় এব ধ্রুবস্তস্য কুত এব পারাজয়ঃ । যস্য ত্বং পুরুষব্যাঘ্র ! সারথ্যমুপজগ্মিবান্ ॥৪২॥

এবঞ্চৈতৎ করিষ্যামি যথা মামনুশাসসি । সুপ্রভাতামিমাং রাত্রিং জয়ায় বিজয়স্য হি ॥৪৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্বণি প্রতিজ্ঞায়াং কৃষ্ণদারুকসংভাষণে সপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

তুংদা ঋষভগী অনীশুবা খোন্থাং পুরবা, * হৌরবা পাঞ্চজন্য মোইবুংগী খোঞ্জেল হেক্ তাবদা ঐগী নাক্ত রথ অদু থুন য়াঙনা পুশিল্লকউ ॥৩৮॥ দারুক ! ঈপাগা পোকমিন্নবী ঈনেম্ কুন্তীগী মচা , ঐগী চান্নথ্রবা মরূপ অর্জ্জুনগী অৱাবা সুঙাইতবা পুন্নমক্ অসি ঐ অমুক্ত কোক্‌হন্‌গে ॥৩৯॥ ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংগী মমাঙ মক্তদা, অর্জ্জুননা জয়দ্রথবু হাৎননবা উপায়সি, অমথঙদে-অমথঙদে, খোক্লনবা শীনবা তাই ॥৪০॥ দারুক ! অর্জ্জুননা হাৎনীঙ-হানীঙলবা মীশক্তুবু মহাক্না ওম্বা-হাৎপা হায়বসি থক সোয়রোই হায়না ঐনা আশা তৌই ॥৪১॥ দারুকনা হায় :—নিপা অথোইবা ! নহাক্না সারথি ওইরিবা মী অদুনা শোয়দনা জয় ওইগনি । অদুগুম্বা মীশক্না মায়থীবা কংগদৌরিবসি কদাইদনো ? ॥৪২॥ করে, অমবু ওইরবস্নু অমবু ওইরবস্নু নহাক্না য়াথং মতুং ইন্না, হেক্ নোঙানবগা, তাক্‌পিরিবসিগী মতুং ইন্না থবক পুন্নমক পাঙথোকচগনি ॥৪৩॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা প্রতিজ্ঞাগী মনুংদা "কৃষ্ণ-দারুক সংবাদ"—গী হুম্ফুতরাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

---

*টীকা :—"ঋষভ" গী অর্থদি "শল্লাবা"নি । মাগী মথোলবু অনীশুবা খোন্থাং কৌই । ময়মদি :—সংগীতগী সা (ষড়জ), ঋ (ঋষভ), গ (গন্ধার), ম (মধ্যম) প (পঞ্চম), ধ(ধৈবত) নি(নিষাদ) খোন্থাংদি, হায়রিবা খোন্থাং তরেৎ অসিগী অনীশুবা ঋষভ নি । শল্লাবগী খোন্থাংদগীনু লৌবনি ।

# শ্রীমহাভারতম্

## একসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ।

### হুম্ফূতরামাথোইশুবা অধ্যায়

(অর্জ্জুননা পাশুপত খুৎলায় কংবা)

——:(০):——

সঞ্জয় উবাচ।

কুন্তীপুত্রস্তু তং মন্ত্রং স্মরন্নেব ধনঞ্জয়ঃ। প্রতিজ্ঞামাত্মনো রক্ষন্ মুমোহাচিন্ত্যবিক্রমঃ ॥১॥
তন্তু শোকেন সন্তপ্তং স্বপ্নে কপিবরধ্বজম্ ॥২॥ আসসাদ মহাতেজা ধ্যায়ন্তং গরুড়ধ্বজঃ ॥২॥
প্রত্যুত্থানন্তু কৃষ্ণস্য সর্ব্বাবস্থং ধনঞ্জয়ঃ। ন লোপয়তি ধর্ম্মাত্মা ভক্ত্যা প্রেম্ণা চ সর্ব্বদা ॥৩॥
প্রত্যুত্থায় চ গোবিন্দং স তস্মা আসনং দদৌ। ন চাসনে স্বয়ং বুদ্ধিং বীভৎসুর্ব্যদধাত্তদা ॥৪॥
ততঃ কৃষ্ণো মহাতেজা জানন্ পার্থস্য নিশ্চযম্। কুন্তীপুত্রমিদং বাক্যমাসীনঃ স্থিতমব্রবীৎ ॥৫॥
মা বিষাদে মনঃ পার্থ! কৃথাঃ কালো হি দুর্জ্জয়ঃ। কালঃ সর্ব্বাণি ভুতানি নিয়চ্ছতি পরে বিধৌ ॥৬॥
কিমর্থঞ্চ বিষাদস্তে তদ্ব্রূহি দ্বিপদাং বর।। ন শোচিতব্যং বিদুষা শোকঃ কার্য্যবিনাশনঃ ॥৭॥

---

সঞ্জয়না হায় ঃ—মহারাজ! কদায় ফাওবা কন্‌বগে হায়বদু হায়নীঙঙায় নৈতবা, কুন্তীগী মচা অর্জ্জুনসু মশানা তৌখিবা রাশক অদু করম্ তৌরগা থুংগদগে হায়বদুগী মরম্‌দা চিন্তা তৌনা তৌনা, বেদব্যাসনা তাকপিরম্বা শিবমন্ত্র অদু শোন্‌শোন্দুনা তুম্‌থখি ॥১॥ অহিং অদুগী মঙদা, লাঙতক্ননবা য়ারবা শিবগী ধ্যান তৌদুনা লৈরিবা অর্জ্জুনগী মাঙ্‌দা, থোইদোক্ন তেজ কল্লবা কৃষ্ণ অসি হেক লাকই ॥২॥ কৃষ্ণনা লাকপা উবদা অর্জ্জুন অসি তুমিন্ন শিবগী ধ্যান তৌদুনা লৈরম্বদগী ভক্তিগা লোয়ননা, য়াম্ন নোমুক্না ফুক্ হেক্ হৌগৎলি ॥৩॥ য়াম্ন তরাম্ তরাম্না মখুৎমক্না কৃষ্ণগী আসন থাই। মহাক্তি কম্‌দে; কৃষ্ণগী নাক্ত নোমুক্না চপলেপ্তুনা লৈ ॥৪॥ মতম্ অদুদা, কম্‌দুনা লৈরম্ব কৃষ্ণনা, অর্জ্জুনগী রাশক অদু নীঙশিংদুনা, ফুক হৌগৎতুনা অর্জ্জুনদা অসুম্না হায়রকই ॥৫॥ অর্জ্জুন! কা হেন্না রাবা তৌরমু। মরম্‌দি মতম্‌গী খোঙ-চত্নি কনানসু থিংব ঙম্ব নত্তে। অদুনা, কাল (মতম্) হায়বদুনা জীব পান্‌বা অচক্ক্ত পুম্নমক্‌পু হেক্ হেক্ লৌশিন্নগা, অতোপ্প মপোক্কী অতোপ্প মথৌ অমদা অমুক্ থাদে" ॥৬॥ মহারাজ! অমুক্ কৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী মঙ অদুদা অর্জ্জুনদা কনি অমুক্ হায়বগে হায়ববু— "অর্জ্জুন! অকন্‌বা! কনি মরম্‌গী রাবগে, হায়মু। মেংঙু অর্জ্জুন! অশিংবা জ্ঞানী ওইবা

যত্ কার্য্যং ভবেৎ কার্য্যং কর্ম্মণা তৎ সমাচর। হীনচেষ্টস্য যঃ শোকঃ স হি শত্রুর্ধনঞ্জয় ॥৮॥
শোচন্ নন্দয়তে শত্রূন্ কর্শয়ত্যপি বান্ধবান্। ক্ষীয়তে চ নরস্তস্মান্ন ত্বং শোচিতুমর্হসি ॥৯॥
ইত্যুক্তো বাসুদেবেন বীভৎসুরপরাজিতঃ। আবভাষে তদা বিদ্বানিদং বচনমর্থবৎ ॥১০॥
ময়া প্রতিজ্ঞা মহতী জয়দ্রথবধে কৃতা। শ্বোঽস্মি হন্তা দুরাত্মানং পুত্রঘ্নমিতি কেশব। ॥১১॥
মৎপ্রতিজ্ঞাবিঘাতার্থং ধার্ত্তরাষ্ট্রৈঃ কিলাচ্যুত!। পৃষ্ঠতঃ সৈন্ধবঃ কার্য্যঃ সর্ব্বৈর্গুপ্তো মহারথৈঃ ॥১২॥
দশ চৈকা চ তাঃ কৃষ্ণ। অক্ষৌহিণ্যশ্চ দুর্জ্জয়াঃ। হতাবশেষাস্তত্রেমা দশ মাধব। সংখ্যয়া ॥১৩॥
তাভিঃ পরিবৃতঃ সংখ্যে সর্ব্বৈশ্চৈব মহারথৈঃ। কথং শক্যেত সংদ্রষ্টুং দুরাত্মা কৃষ্ণ! সৈন্ধবঃ ॥১৪॥
প্রতিজ্ঞাপারণঞ্চাপি ন ভবিষ্যতি কেশব।। প্রতিজ্ঞায়াঞ্চ হীনায়াং কথং জীবেত মদ্বিধঃ ॥১৫॥
দুঃখোপায়স্য মে বীর। বিকাঙ্ক্ষা পরিবর্ত্ততে। দ্রুতঞ্চ যাতি সবিতা তত এতদ্ব্রবীম্যহম্ ॥১৬॥

---

মীনা কা হেন্না রাব থক্ তৌনদবনি। মরম্দি "থম্মোয় শোক্ রাবা" হায়বহুনা মতুংগী তৌগদবা থবক্ পূম্বমুস্থ অহুম্ মাঙহন্‌বনি ॥৭॥ অহুনা, অর্জ্জুন! তৌগদবা-তোগে থন্‌বা নথৌ অদো পাঙথোক্কব হোৎনৌ। থবক্তি তৌদবা, চিন্তাত তৌগনবগী চিন্তা অহাদ য়েক্কবনি ॥৮॥ তাইবং মীনা পঙরাত রাজখিহুনা, মাঙ্গনা মাগী য়েক্কবশিংবু মথূম্ মরাঙ্ হৌহল্লি—মুংঙাইহল্লি—মপুক্কীং থৌগৎপি। অহুগা, মাগী মীচঙ মরূপ মপাংগী পূক্কীং হম্বহল্লি অহুগা হীরম্ পূম্বদা য়াম্ম মাঙহল্লি। অহুনা অর্জ্জুন! নং থক্ রাব তৌরগনু" ॥৯॥ মঙ্ অহুদা, কৃষ্ণনা অস্মা হায়রবদা অর্জ্জুননা করি হায়বগে হায়ববু—"কৃষ্ণ! ঈচা মুংশিরবা অভিমন্যুবু হাৎখিবগী থ্বাইগী মরু, কত্রবা জয়দ্রথবু হয়েং হাৎকে হায়না ঐ রাশকপ্রে ॥১০—১১॥ অহুগা কৃষ্ণ! অর্জ্জুন ঐগী রাশক্ অসিবু থুগাইগে হায়বগী দমক্ ধৃতরাষ্ট্র মচাশিংনা মখোয়গী লাম্মী পূম্নমক্পু শেম্‌শাহুনা থেন্দুনা থম্মগা, জয়দ্রথবু তুংলোম্‌দা থম্‌হুনা, মহাক্পু ঙাক্‌শেন্দুনা থম্‌গদৌরি ॥১২॥ কৃষ্ণ! মাধব! পাক্ থুগাইবা অমদি জয় তৌবা য়াররোইদৌবা, কৌরব পক্ষদা লাম্মী অক্ষৌহিণী তরাদি লৈরি ॥১৩॥ অহুনা কৃষ্ণ! অক্ষৌহিণী তরা অসিনা পুম্নমক্পা জয়দ্রথবু কোয়াশন্দুনা থম্‌থ্রবদা, অহুগা অকনবা মহারথী কয়া কয়ানা মক্তা অকোয়রবদা ঙাকশেন্দুনা থম্‌থ্রবদা ঐনা জয়দ্রথবু উব ফংলরোই ॥১৪॥ সুমিৎ তাথিরৈগী মমাঙদা মাবু উব ফংদ্রবদি ঐনা ঐগী রাশক্ অসি ঙাকপা ঙম্মোইদৌরি। রাশকপু ঙাক্পা ঙমদ্রবদা, ঐগুম্বা রাশক্ কায়বা কিবা, সমাজবু কিবা মীশক্ অমনা মীকুপ অমম্ম পম্বদ্রনা কয়াম্‌, হিংহুনা লৈনিংগদগে ? ॥১৫॥ অহুনা অকনবা, নিপা অখোইবা কৃষ্ণ! জয়দ্রথবু শোয়দনু" হাৎকনি হায়বগী আশা অদো, হৌজিক মমায় ওনথ্রে। মীঙ্‌বা পূবা ওম তৈনথ্রে। অহুগা, হৌজিকী থক্তু অসিমক্তম্ব সুমিৎ কুপি থুনা তাবা, সুংথিলগী শরুক তেনবা মতম্‌নি। অহুনম্ব ঐনা হাবগী অদৌবা মরম্

শোকস্থানস্ত তচ্ছ্রুত্বা পার্থস্য বিজয়কেতনঃ। সংস্পৃশ্যাম্ভস্ততঃ কৃষ্ণঃ প্রাঙ্মুখঃ সমবস্থিতঃ ॥১৭॥
ইদং বাক্যং মহাতেজা বভাষে পুষ্করেক্ষণঃ। হিতার্থং পাণ্ডুপুত্রস্য সৈন্ধবস্য বধে ধৃতঃ ॥১৮॥
পার্থ। পাশুপতং নাম পরমাস্ত্রং সনাতনম্। যেন সর্ব্বান্ মৃধে দৈত্যান্ জঘ্নে দেবো মহেশ্বরঃ ॥১৯॥
যদি তদ্বিদিতং তেঽদ্য শ্বো হন্তাসি জয়দ্রথম্। অথাজ্ঞাতং প্রপদ্যস্ব মনসা বৃষভধ্বজম্ ॥২০॥
তং দেবং মনসা ধ্যাত্বা জপন্নাস্স্ব ধনঞ্জয়। ততস্তস্য প্রসাদাত্বং ভক্তঃ প্রাপ্স্যসি তন্মহৎ ॥২১॥
ততঃ কৃষ্ণবচঃ শ্রুত্বা সংস্পৃশ্যাম্ভো ধনঞ্জয়ঃ। ভূমাবাসীন একাগ্রো জগাম মনসা ভবম্ ॥২২॥
ততঃ প্রণিহিতো ব্রাহ্মে মুহূর্ত্তে শুভলক্ষণে। আত্মানমর্জ্জুনোঽপশ্যদ্গগনে সহকেশবম্ ॥২৩॥
পুণ্যং হিমবতঃ পাদং মণিমন্তঞ্চ পর্ব্বতম্। জ্যোতির্ভিশ্চ সমাকীর্ণং সিদ্ধচারণসেবিতম্ ॥২৪॥

( যুগ্মকম্ )

বায়ুবেগগতিঃ পার্থঃ খং ভেজে সহকেশবঃ। কেশবেন গৃহীতঃ স দক্ষিণে বিভুনা ভুজে ॥২৫॥
প্রেক্ষমাণো বহূন্ ভাবান্ জগামাদ্ভুতদর্শনান্। উদীচ্যাং দিশি ধর্ম্মাত্মা সোঽপশ্যচ্ছ্বেতপর্ব্বতম্ ॥২৬॥

---

অমনি" ॥১৬॥ গরুড়না মাগী শাদোং ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুননা হায়রিবা রা অসি তাবদা মায় নোংপোক্ ওন্দুনা আচমন তৌদুনা লৈখি ॥১৭॥ ওহাক্ তুমিন্না ধ্যান তৌরগা জয়দ্রথ হাৎননবগী বিষয় অসিদা মুন্না বিচার তৌরগা, অর্জ্জুনগী কান্নবগীদমক্ রা অসি অসুম্না হায়রকই ॥১৮॥ "অর্জ্জুন! পাশুপত হাযবা খুৎলায় অদো, মতম্ কুইনা লৈরক্রবা অথোইবা খুৎলায় অমনি। খুৎলায় অদুনা, মহাদেবনা দৈত্য দানব পুম্নবু সংহার তৌখিবনি ॥১৯॥ খুৎলায় অদুবু, নৌজিক্ স্মরণ তৌরবদি জয়দ্রথবু হাৎপা ঙম্গনি। করিগুম্বা নীঙশিংবা থোক্ত্রবাদি মহাদেববু নীঙশিঙু, ধ্যান তৌ" ॥২০॥

"অর্জ্জুন! নহাক নপুক্নীংদা মহাদেববু ধ্যান তৌদুনা, শিবমন্ত্র অদু ধ্যান তৌ। অদুদগীদি শিবগী ভক্ত ওইদুনা, মহাকী কৃপাদগী পাশুপত কৌবা খুৎলায় অদু শোথদনা লালকম্দা নীঙশিঙুকপা ঙম্গনি" ॥২১॥ অদুদগীদি মহারাজ! অর্জ্জুন অসি কৃষ্ণগী পাউতাক্ অদু তাবদা লৈমায়থক্তা কমথদুনা আচমন তৌদুনা, থরাই হকচাং অমত ওইনা, পুক্নীং অনী লোঙদনা, শিবমন্ত্র শোন্না শোন্না শিববু ধ্যান তৌথ্রে ॥২২॥ অতদগী ওহাক্ লৈরগা, ধ্যানদা মগ্ন ওইদুনা লৈরগা অর্জ্জুননা ব্রহ্মমুহূর্ত্তদা নোংমদোম্বক্ত মশামক্ কৃষ্ণগা লোয়নননা লৈবদু মশামক্না উই। হিমালয়গী মনাক্ত মশেক মঙাম থম্লবা, সিদ্ধসাধ্য চারণ পুম্বনা থম্না লৈরবা, মণিমান্ কৌবা চীঙ অদু উবা ফংখি ॥২৩—২৪॥ অদুদগী, কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনী অসি, নুংশিৎকী মমাঙথানা পায়থৎ-চেনথৎখিদুনা, মণিমান কৌবা অদুগী চীঙদোন য়ৌখি। মতম্ অদুদা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী য়েৎথংবা পাম্বোম্ অদু পায়রখি ॥২৫॥ অদুম্ তৌদুনা, অর্জ্জুননা অঙকপা পোৎ কয়া য়েং-য়েংদুনা

কুবেরস্য বিহারে চ নলিনীং পদ্মভূষিতাম্ । সরিচ্ছ্রেষ্ঠাঞ্চ তাং গঙ্গাং বীক্ষমাণো বহূদকাম্ ॥২৮॥
সদাপুষ্পফলৈর্বৃক্ষৈরুপেতাং স্ফটিকোপলাম্ । সিংহব্যাঘ্রসমাকীর্ণাং নানামৃগগণাকুলাম্ ॥২৮॥
পুণ্যাশ্রমবতীং রম্যাং মনোজ্ঞাণ্ডজসেবিতাম্ । মন্দরস্য প্রদেশাংশ্চ কিন্নরোদ্গীতনাদিতান্ ॥২৯॥
হেমরূপ্যময়ৈঃ শৃঙ্গৈর্নানৌষধিবিভূষিতান্ । তথা মন্দারবৃক্ষৈশ্চ পুষ্পিতৈরুপশোভিতান্ ॥৩০॥
( কলাপকম্ )

স্নিগ্ধাঞ্জনচয়াকারং সংপ্রাপ্তঃ কালপর্ব্বতম্ । ব্রহ্মতুঙ্গং নদীশ্চান্যাস্তথা জনপদানপি ॥৩১॥
সুতুঙ্গং শতশৃঙ্গঞ্চ শর্য্যাতিবনমেব চ । পুণ্যমশ্বশিরঃ স্থানং স্থানমাথর্ব্বণস্য চ ॥৩২॥
বৃষদংশঞ্চ শৈলেন্দ্রং মহামন্দরমেব চ । অপ্সরোভিঃ সমাকীর্ণং কিন্নরৈশ্চোপশোভিতম্ ॥৩৩॥
( বিশেষকম্ )

তস্মিন্ শৈলে ব্রজন্ পার্থঃ সকৃষ্ণঃ সমবৈক্ষত । শুভৈঃ প্রস্রবণৈর্জুষ্টাং হেমধাতুবিভূষিতাম্ ॥৩৪॥
চন্দ্ররশ্মিপ্রকাশাঙ্গীং পৃথিবীং পুরমালিনীম্ । সমুদ্রাংশ্চাদ্ভুতাকারানপশ্যদ্বহুলাকরান্ ॥৩৫॥ ( যুগ্মকম্ )

---

অরাং পাংনা চৎখৎলকই। অদুগী তুংদা শ্বেত পর্ব্বত উবা ফংখি ॥২৬॥ অদুদগী, কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক্না কুবেরগী লৈকোল্দা, থম্বাল-থম্বা, লুরবা ঈশিংনা থল্লবা নীঙথিজরবা পুখ্রী অমগা অদুগা তুরেল্ অখোইবী গঙ্গাবু উবা ফংখি। মখম্ অদুদা, গঙ্গা অসি লীক্লাইগুম্ লংলবা লুরবা ইশিংনা থম্না চেল্লি। তুরেল অসিগী তোর্ব্বান অনীমক্তা হৈ লৈনা থল্লবা লৈপাল লৈপাল্ য়াম্না হৌই। মফম্ মফম্দা কৈ নোংশানাচিংবা অতোপ অতোপ্পা শা-য়াম্না হংগৎহন্দা চৎলি। মুনিশিং শিদ্ধপুরুষশিংগী আশ্রমশিংনা তাপ্পা-তাপ্পা চোমলপ তারি। মফম্ মফম্ফ ফজরবা উচেক্ য়ায়াশিংনা কাপ্পু কাপ্পন্ পাইরি। অদুগা মন্দর কৌবা চীঙগা অদুগী নাপোম্দা গন্ধর্ব্ব কিন্নরশিংনা পুক্নীং হূনা ঈশৈ শক্লি। সনা লুপানচিংবা ধাতুগী খোংনা থল্লবা, সনা লুপামক্তনা শাবগুপ্পা উয়ী য়ায়ীনা থল্লবা, মনা মপাম্না থল্লবা মন্দার (পারিজাত) কৌবা পাম্বীনা পরে-পরেং হৌরবা লমদম্শিং অদু য়েংবদা খোইনা নীঙথিজ্জে ॥২৭—৩০॥

অদুদগী থর অমুক্ চৎলগা, কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীনা নাল্লবা অমদি কাজলগী মতৌগুম্না কালপর্ব্বতপু, ব্রহ্মতুঙ্গ কৌবা চীঙবু অদুগা অতোপ অতোপ্পা তুরেল, মী তাবা লম্ কল্লা, শতশৃঙ্গ কৌবা চীঙ, শর্য্যতিবন, শেংলবা অশ্বশির কৌবা ফুতম, আথর্ব্বণ ঋষিগী তপোবন, বৃষদংশপর্ব্বত অসি পুম্নমক অসিবু লাম্থোক্ হেন্দোরক্লুনা, অপ্সরা কিন্নর পুম্নমক্না থম্না লৈরবা মহামন্দর কৌবা চীঙ অদুদা লাক্লুনা থুংরে ॥৩১—৩৩॥ কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীমক্না মহামন্দর কৌবা চীং অদুগী মথক্তা অপুম চৎলকপদা কয়ি কয়ি উবগে হায়রবগুম্ চীঙগী চীঙখোঙদগী তাপ্পা উস্থিবা, সনা লুপা মণিমুক্তানচিংবা ধাতু কয়াম্না লৈতেংলবা, নগরগী পয়েং পয়েংনা লৈতেংলবী পৃথ্বী অদি মথা পুন্দা লংলব-তৌরবা-ঈশিং-চাইথীশিং ময়ী মরীনা শীপ্পিখিনা মহাক্কী হৃৎচাং কাপ্পাৎ পুম্না

বিয়দ্যাং পৃথিবীঞ্চৈব তথা বিষ্ণুপদং ব্রজন্। বিস্মিতঃ সহ কৃষ্ণেন ক্ষিপ্তো বাণ ইবাভ্যগাৎ ॥৩৬॥
গ্রহনক্ষত্রসোমানাং সূর্য্যাগ্নোশ্চ সমত্বিষম্। অপশ্যত তদা পার্থো জ্বলন্তমিব পর্ব্বতম্ ॥৩৭॥
সমাসাদ্য তু তং শৈলং শৈলাগ্রে সমবস্থিতম্। তপোনিত্যং মহাত্মানমপশ্যদ্বৃষভধ্বজম্ ॥৩৮॥
সহস্রমিব সূর্য্যাণাং দীপ্যমানং স্বতেজসা। শূলিনং জটিলং গৌরং বল্কলাজিনবাসসম্ ॥৩৯॥
নয়নানাং সহস্রৈশ্চ বিচিত্রাঙ্গং মহৌজসম্। পার্ব্বত্যা সহিতং দেবং ভূতসংঘৈশ্চ ভাস্বরৈঃ ॥৪০॥
গীতবাদিত্রসংহ্রাদৈর্হাস্যলাস্যসমন্বিতৈঃ। বল্গিতাস্ফোটিতোৎক্রুষ্টৈঃ পুণ্যৈর্গন্ধৈশ্চ শোভিতম্ ॥৪১॥
স্তূয়মানং স্তবৈর্দিব্যৈর্মুনিভির্ব্রহ্মবাদিভিঃ। গোপ্তারং সর্ব্বভূতানামিষ্বাসধরমচ্যুতম্ ॥৪২॥ (কুলকম্)
বাসুদেবস্তু তং দৃষ্ট্বা জগাম শিরসা ক্ষিতিম্। পার্থেন সহ ধর্ম্মাত্মা গৃণন্ ব্রহ্ম সনাতনম্।
লোকাদিং বিশ্বকর্ম্মাণমজমীশানমব্যয়ম্। মনসঃ পরমাং যোনিং খং বায়ুং জ্যোতিষাং নিধিম্ ॥৪৪॥

---

লংলবা মুমিৎকী মওান্না হাইদোরকপগুম্ কজনা লৈরি। অমুক কন্নি উবগে হায়রগু ঃ—মণি-মুক্তা-পোহান্নচিংবা রত্ন মথল কয়া-কয়াগী থোককম্ ওইবা ঈপান্ন, অকিবা-কজবা-তপথবা-ঈথক হৌবা মওংবু অওকপা কংনা পুহনা লৈরি ॥৩৪—৩৫॥ কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনী অসি চীওদোল্ অহুদগী গুত্রংদা পাইখৎলক্‌না, লীরুংদগী কন্না পাইথোরকপা তেল অনীগুম্না পাইরক্‌না স্বর্গ-মর্ত্ত্য পাতাল মকম্ পুম্বা য়োরকলে ॥৩৬॥ অহুদগী কৃষ্ণগা লোয়ননা পাইখৎলক্লিবা অর্জ্জুননা, গ্রহ, নক্ষত্র, নুমিৎ-থা অমদি মৈ মখোয়সিগী মওান্না পুল্লপ্না ওানবগুম্না মশেক মওান্ন পুম্‌-থল্, থল্লবা চীওজাও অমা উরে ॥৩৭॥ অদুগী তুংদা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনা চীওথক্ অহুদা থুংলহনা, মকম্ অহুদা চীক্লা তপস্যা তৌরিবা মহাদেবগী দর্শন কংলে। মতম্ অহুদা, ভূতপ্রেত পিশাচ পুম্ববু ওাক্লিবা, লুপাগুম্ ওৌরোক্ ওৌরবা, পিনাক কোবা লীরুং পায়বা, যোগদগী শম্বুমনামত্ত কায়বি লেওবিত্রবা, মহাদেব, অসি নুমিৎ লিশিং অমনা ওান্‌বগুম্ পুম্লং লংনা লৈরম্মি। থুত্তা ত্রিশূল, কোকথক্ত জটা, খাওদা কৈমউগনা লৈতেংঙি। দেবী পার্ব্বতীনা ভূতপ্রেতশিং ঈকোয় কোয়শিন্দুনা মহাদেবগী ওয়দা ওাম্বোইরি। খোওলোয়শিংসিনা, পুংশেল্ য়ৈরি, খিওলি, জগোঈ শারি, ঈশৈ শক্লি। নোকৃখেহনা হয়াউ তয়ায়া চোংকল্লি, নিপাশিং অহুনা নুপীগুম্ জগোঈ থেক্লি মুংওাইরি। মখোয়গী শক্তোরকপা লাউরকপা খোল্লাউনা অহুগা খুবাক্ মকৈগল্ প্রোক্ প্রোক্ থুরকপা ফুয়কপগী মখোয়া মায়কৈ মশ্নি পুমনিন্ নিল্লি। মুংশি মুংশিয়বা মনমনা মায়কৈ পুম্বদা হাইদোরকই নাকল্ অমদা বেদবাদী ওইবা যোগী ঋষিশিংনা বেদগী মন্ত্রগা লোয়ননা মহাদেবগী স্তুতিগান তৌরি ॥৩৮—৪২॥ অর্জ্জুনগা লোয়ননা ধর্ম্মাত্মা ওইরবা কৃষ্ণনা মতম্ মকম্ পুম্বদা লেওবা হোংবা লৈত্রবা ব্রহ্মাগী স্তুতিমন্ত্র শোন্দুনা কোক্লা লৈবায় লোক্‌না ভুমিদা লৈ ॥৪৩॥ জগৎ পুম্বগী অহানবা, জগৎপুম্বগী অশেম্বা, পোকপা ঈথক্ ঈপোম্ পুম্বগী, য়োয়কৃকম্ ওইবা অউবা জগৎকী মল্লংদা আকাশ অমদি নুংশিৎকী ওইবা,

স্রষ্টারং বারিধারাণাং ভুবশ্চ প্রকৃতিং পরাম্। দেবদানবযক্ষাণাং মানবানাঞ্চ সাধনম্ ॥৪৫॥
যোগানাঞ্চ পরং ব্রহ্ম দৃষ্টং ব্রহ্মবিদাং নিধিম্। চরাচরস্য স্রষ্টারং প্রতিহর্ত্তারমেব চ ॥৪৬॥
কালকোপং মহাত্মানং শক্রসূর্য্যগুণোদয়ম্। ববন্দে তং তদা কৃষ্ণো বাঙ্মনোবুদ্ধিকর্ম্মভিঃ ॥৪৭॥
(কলাপকম্)

যং প্রপশ্যন্তি বিদ্বাংসঃ সূক্ষ্মাধ্যাত্মপদৈষিণঃ। তমজং কারণাত্মানং জগ্মতুঃ শরণং ভবম্ ॥৪৮॥
অর্জ্জুনশ্চাপি তং দেবং ভূয়ো ভূয়োঽভ্যবন্দত। জ্ঞাত্বা তং সর্ব্বভূতাদিং ভূতভব্যভবোদ্ভবম্ ॥৪৯॥
ততস্তাবাগতৌ দৃষ্ট্বা নরনারায়ণাবুভৌ। সুপ্রসন্নমনাঃ শর্বঃ প্রোবাচ স হসন্নিব ॥৫০॥
স্বাগতং বাং নরশ্রেষ্ঠাবুত্তিষ্ঠেতাং গতক্লমৌ। কিঞ্চ বামীপ্সিতং বীরৌ! মনসঃ ক্ষিপ্রমুচ্যতাম্ ॥৫১॥
যেন কার্য্যেণ সংপ্রাপ্তৌ যুবাং তৎ সাধয়ামাহম্। ব্রিয়তামাত্মনঃ শ্রেয়স্তৎ সর্ব্বং প্রদদামি বাম্ ॥৫২॥
ততস্তদ্বচনং শ্রুত্বা প্রত্যুত্থায় কৃতাঞ্জলী। বাসুদেবার্জ্জুনৌ শর্ব্বং তুষ্টুবাতে মহামতী।
ভক্ত্যা স্তবেন দিব্যেন মহাত্মানাবনিন্দিতৌ ॥৫৩॥

---

মশেক্ মঙাল্ পুম্বগী তু'নকম্, ঈশিংবু শেম্বা নৈপাক্কী পোক্লকম্ লাইহিংচাবা তাইবং মী, জীব জন্তু, অচঞ্চত্ত পুম্ববু শেম্বিবা যোগসাধণ পুম্নমক্কী চঙজকম্ ওইরবা, মীৎনা উবা ব্রহ্মাগী মূর্ত্তি, ব্রহ্মজ্ঞানীশিংগী চঙজকম্, জগৎ পুম্ববু অমুক্ লোইশিন্ খোম্জিন্বা, মহাক্কী অশাউবগী মূর্ত্তি যমরাজনা ওইরিবা, মপান্নাইত্রবা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসিনা মহাক্কী আত্মা ওইরিবা, ইন্দ্র অমদি সূর্য্য-দেবগী গুণশিংসিগী খোকফম্নু মহাক্না ওইবা, অহুগুম্বা মহাদেবদা কৃষ্ণনা থরাই হক্চাং অমত ওইনা নোল্লুক্না খুরম্খি ॥৪৪ — ৪৭॥ ব্রহ্মপদবী কংনিংবা জ্ঞানী যোগীশিংনা ধ্যানতনা মহাক্কী মূর্ত্তিবু উগদবা ওইবা অহুম্ ওইবা পোক্পশিবা নৈতবা, জগৎকী আদিকারণ ওইবা মহাদেবগী মকম্দা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনা খুৎলোম্নমা চঙ্জখি ॥৪৮॥

অর্জ্জুনসু, মহাদেববু হৌপ্রবা—ওইরিবা—ওইরকদৌরিবা অচঞ্চত্ত পুম্বগী স্বষ্টিকর্ত্তানি হায়বসি খঙলদুনা খুৎ লোম্নদুনা নোল্লুক্না খুরম্মি ॥৪৯॥ নরনারায়ণ অনীগী মশক্ ওইরবা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক্পু হেক্ উবদা, থোইদোক্না নুংঙাইপ্রদুনা; মহাদেবনা মোমোন্-মোমোন নোক্না অঙ্গম্না হায়রকই ॥৫০॥ নিপা অথোইবা অনী! অসি কাওবা য়ৌরক্পদা রৈথারথিন্গাই নৈতনা লাক্পিদনকো? পোথাবিয়ু, মাসিদা লাক্পগী মরমসু থুনা হায়বিয়ু—তাসি ॥৫১॥ "কৱিগুম্বা থবক্ অমগীদমক লাকপিরিবসে—ঐনা পোয়দনা পাঙথোক্কনি। অদুনা, অনীগী অম্বুম্ তৌরগা মঙ্গল ওইনি হায়বদো মাদু ঐ পোয়দনা তৌগে ॥৫২॥ অসিগী তুংদা, শিংলবা পূক্চেল্ চাউরবা কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীমক্না ৱা অদু তাবদা থোইদোক্না নুংঙাইখিদুনা, মূক হৌগৎদুনা খুৎ লোম্নদুনা, ভক্তিগা লোয়নননা মহাদেবগী মঙ্গলবু নৈশিনৈথোক্লুনা অঙ্গম্না শকখি ॥৫৩॥

## বাসুদেবার্জ্জুনাবুচতুঃ ।

নমো ভবায় সর্ব্বায় রুদ্রায় বরদায় চ। পশূনাং পতয়ে নিত্যমুগ্রায় চ কপর্দ্দিনে ॥৫৪॥
মহাদেবায় ভীমায় ত্র্যম্বকায় চ শান্তয়ে। ঈশানায় মখঘ্নায় নমোঽস্ত্বন্ধকঘাতিনে ॥৫৫॥
কুমারগুরবে নিত্যং নীলগ্রীবায় বেধসে। পিনাকিনে হবিষ্যায় সত্যায় বিভবে সদা ॥৫৬॥
বিলোহিতায় ধূম্রায় ব্যাধায়ানপরাজিতে। নিত্যং নীলশিখণ্ডায় শূলিনে দিব্যচক্ষুষে ॥৫৭॥
হন্ত্রে গোপ্ত্রে ত্রিনেত্রায় ব্যাধয়ে বসুরেতসে। অচিন্ত্যায়াম্বিকাভর্ত্রে সর্ব্বদেবস্তুতায় চ ॥৫৮॥
বৃষধ্বজায় পিঙ্গায় জটিনে ব্রহ্মচারিণে। তপ্যমানায় সলিলে ব্রহ্মণ্যায়াজিতায় চ ॥৫৯॥
বিশ্বাত্মনে বিশ্বসৃজে বিশ্বমাবৃত্য তিষ্ঠতে। নমো নমস্তে সেব্যায় ভূতানাং প্রভবে সদা ॥৬০॥
(কুলকম্)

---

ভব-সর্ব্ব-রুদ্র কোলোয়, পুরিবা বর পীনহৈবা!
পশুপতি-উগ্র-কপর্দ্দী, কৌব নহাকপু খুরম্জৈ ॥৫৪॥
মহাদেব-ভীম-ত্র্যম্বক, শান্তি-ঈশান-যজ্ঞনাশক
অন্ধকাসুরবু হাৎওম্বা। নোঙ্গুরা খোয়না খুরুমজৈ ॥৫৫॥
কার্ত্তিকপু পোকপিবা অপোকপা। নীলকণ্ঠ-জগৎ শেম্বিবা।
পিনাক লৌরুং পায়বা ও। যজ্ঞ পুম্বগী লোইকম্ ও।
মকম্ খুদিং শীম্বুংবা। "অচুম্ব" গী মূর্ত্তি ওইরিবা।
অমুকস্থ ভাওবা অমুকস্থ তৌবা। অমুকম্ম মৈথু মচু মান্‌বা ও।
অমতনা ওম্খিত্রিবা জগৎ পুওম্বা। শাদান্‌বগী মশক্ লৌগন্‌বা।
চায়রুংদা মুরবা শমজোই-তাবা!, খুত্ত ত্রিশূল পায়রিবা।
নহাক্কা উদব-কৌব লৈতবা! জগৎপু খুদক্ত মাওহন্‌বা।
জগৎপু ভাকপা সদাশিব!, নয়ন অহুম লৈতেংবা।
মৈমুংদ বীর্য্য থাদব ওম্বা। খওকম্ থোক্তরবা শক্তি পুবা।
চীওনিংথৌ মচামুপীগী মবুঙো। লাইয়াম্খিবিরু চওজবা।
শন্দম্ব শাদোং ওইবা ও। কোক্থক্ত জটা রাংন পুন্‌বা।
উৎমান্‌ব মেমান্‌বা কুচু পুরব। ব্রহ্মচারী মায়াবু ওম্বা।
ঈশিংদা তপস্যা তৌওম্বা। বেদগী বিধিবু ভাক্‌ওম্বা।
অমনা ওম্দবা নংতন ওম্বা। জগৎনা নশক ওইরিবা।
জগৎ শীম্বুংনা লৈওম্বা! ভূত প্রেতনা খোওল্লোয় ওইবা ও।
খুৎলোয়না খুরুমজরি, পেন্‌বিয়ু পেন্‌বিহৈবা ও। ॥৫৬-৬০॥

অজবক্ত্রায় সর্বায় শঙ্করায় শিবায় চ। নমোঽস্তু বাচস্পতয়ে প্রজানাং পতয়ে নমঃ ॥৬১॥
নমো বিশ্বস্য পতয়ে মহতাং পতয়ে নমঃ। নমঃ সহস্রশিরসে সহস্রভুজমন্যবে।
সহস্রনেত্রপাদায় নমোঽসংখ্যেয়কর্ম্মণে ॥৬২॥
নমো হিরণ্যবর্ণায় হিরণ্যকবচায় চ। ভক্তানুকম্পিনে নিত্যং সিধ্যতাং নৌ বরঃ প্রভো ॥৬৩॥

## সঞ্জয় উবাচ।

এবং স্তুত্বা মহাদেবং বাসুদেবঃ সহার্জ্জুনঃ। প্রসাদয়ামাস ভবং তদা হ্যস্ত্রোপলব্ধয়ে ॥৬৪॥
ততোঽর্জ্জুনঃ প্রীতমনা ববন্দে বৃষভধ্বজম্। দদর্শোৎফুল্লনয়নঃ সমস্তং তেজসাং নিধিম্ ॥৬৫॥
তঞ্চোপহারং স্বকৃতং নৈশং নৈত্যকমাত্মনা। দদর্শ ত্র্যম্বকাভ্যাসে বাসুদেবনিবেদিতম্ ॥৬৬॥
ততোঽভিপূজ্য মনসা শর্বং কৃষ্ণঞ্চ পাণ্ডবঃ। ইচ্ছাম্যহং দিব্যমস্ত্রমিত্যভাষত শঙ্করম্ ॥৬৭॥
ততঃ পার্থস্য বিজ্ঞায় বরার্থে বচনং প্রভুঃ। বাসুদেবার্জ্জুনৌ দেবঃ স্ময়মানোঽভ্যভাষত ॥৬৮॥
স্বাগতং বাং নরশ্রেষ্ঠৌ! বিজ্ঞাতং মনসেপ্সিতম্। যেন কামেন সংপ্রাপ্তৌ ভবদ্ভ্যাং তং দদাম্যহম্ ॥৬৯॥

---

বেদনা নচীন্ ওইরিব! অরৈরৈগত পূবগী মূর্ত্তি!
শঙ্কর-শিব-বাচস্পতি। নাদব্রহ্মগী মূর্ত্তি ওইবা।
নঙোন্দা হয় হয়বু, খুরুমজরি ঐখোয় অনীনা
বিশ্বপতি-মহৎপতি! কোক্-পাম্বোম্ লিশিং পান্বা!
যজ্ঞ লিশিংগী মশক্ ওইবা! খোঙ-মীৎ লিশিং পান্বা!
মশীং লাক্ওম্দবা থবক্ তৌওবা! নোঙ্মক্তা নঙোন্দা খুরুমজৈ ॥৬২॥
খুদক্তা সনাগী কুচু পূবা! সনাগী লালফুরিৎ অমুক্স্ন লীৎপা!
চঙজবদা থৌজাল্ হৈবও!. খুরুমজরি থুংহন্বিয়ু নীঙজবা ॥৬৩॥

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! মতৌঅসুম্না, কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনা, লালকম্দা অর্জ্জুননা পাশুপত খুৎলায় নীঙশিংবা অমদি শীজিন্নবা ওয়নবা জগৎকী সৃষ্টি অমদি সংহারগী থবক্ পুরিবা মহাদেববু লৈশি লৈথোন্দুনা পেলহনখি ॥৬৪॥ অদুগী তুংদা অর্জ্জুননা মহাদেবদা নোঙ্মক্তা প্রণাম তৌরগা মশেক্ মচাঙগী মপেঙম্ লৈরবা মহাদেবগী মূর্ত্তিবু মুন্না, মমীৎ কুপ্পা, [illegible] ॥৬৫॥ অদুগীতুংদা, কৃষ্ণনা উত্না উহল্লবা তুংদা, অর্জ্জুন মশামক্তা নহাক্ [illegible] অদুক্ উত্তা ওস্তাদ মহাদেবদা কৎখিবা পূজাগী হৈ লৈ পুম্নমক, মহাদেবগী মনাক্তা লৈরম্লে উজবা কংখি ॥৬৬॥ মাদু উবদা অর্জ্জুননা মপূক্নীংদা বাসুদেব-মহাদেব অনীমক্কী ধ্যান তৌনা খুরুমজরগা "প্রভু! ঐ লাইগী ওইবা খুৎলায় অদু প্রভুনঙোন্দগী পাজগে"—অসুম্না হায়খি ॥৬৭॥

অদুগী তুংদা মহাদেবনা, অর্জ্জুনা লাক্লিবসি বর নিগে হায়দুনা লাক্পিবনি হায়বসি খঙলদুনা, মোমোয়োক্লা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক্তা অসুম্না হায়রকই :—॥৬৮॥ নিপা অথোইবা!

সরোঽমৃতময়ং দিব্যমভ্যাসে শত্রুসূদনৌ ।। তত্র মে তদ্ধনুর্দিব্যং শরশ্চ নিহিতঃ পুরা ॥৭০॥
যেন দেবারয়ং সর্ব্বে ময়া যুধি নিপাতিতাঃ । তত আনীয়তাং কৃষ্ণৌ ! সশরং ধনুরুত্তমম্ ॥৭১॥
(যুগ্মকম্)

তথেত্যুক্ত্বা তু তৌ বীরৌ শরার্থে পার্ষদৈঃ সহ । প্রস্থিতৌ তৎসরো দিব্যং দিব্যাশ্চর্য্যশতৈর্ব্বৃতম্ ॥৭২॥
নির্দ্দিষ্টং যদ্বৃষাঙ্কেন পুণ্যং সর্ব্বার্থসাধকম্ । তৌ জগ্মতুরসম্ভ্রান্তৌ নরনারায়ণাবৃষী ॥৭৩॥ (যুগ্মকম্)
ততশ্চ তৎ সরো গত্বা সূর্য্যমণ্ডলসন্নিভম্ । নাগমন্তর্জলে ঘোরং দদৃশাতেঽর্জ্জুনাচ্যুতৌ ॥৭৪॥
দ্বিতীয়ঞ্চাপরং নাগং সহস্রশিরসং বরম্ । বমন্তং বিপুলাং জ্বালাং দদৃশাতেঽগ্নিবর্চ্চসম্ ॥৭৫॥
ততঃ কৃষ্ণশ্চ পার্থশ্চ সংস্পৃশ্যাপঃ কৃতাঞ্জলী । তৌ নাগাবুপতস্থাতে নমস্যন্তৌ বৃষধ্বজম্ ॥৭৬॥
গৃণন্তৌ বেদবিদ্বাংসৌ তদ্ব্রহ্ম শতরুদ্রিয়ম্ । অপ্রমেয়প্রমাণং তৌ গত্বা সর্ব্বাত্মনা ভবম্ ॥৭৭॥
(যুগ্মকম্)

ততস্তৌ রুদ্রমাহাত্ম্যাদ্ধিত্বা রূপং মহোরগৌ । ধনুর্ব্বাণশ্চ তদ্দ্বন্দ্বং শত্রুঘ্নং সমপদ্যত ॥৭৮॥
তৌ তজ্জগৃহতুঃ প্রীতৌ ধনুর্ব্বাণঞ্চ সুপ্রভম্ । আজহ্রতুর্মহাত্মানৌ দদতুশ্চ মহাত্মনে ॥৭৯॥

---

অনী ! য়ৈথাগ্নব লৈতনা মকম্ অসি কাওবদা লাকৃইদনকো ? অনীনা পাম্লিবা নীঙলিবদো, ঐনা পীগান" ॥৬৯॥ য়েক্লবা ঙম্বা অনী ! অসিদগী থোইদোক্না লাপ্তনা অমৃতগুম্ হাউরথুম্লবা ঈশিংনা থল্লবা পুখ্রী অম লৈবনি । ঐনা মমাঙৈদা অসুর-দানবশিংবু হাৎনখিবা, লাইগী ওইবা পান্দম্নীঙাই লৈত্রবা, লীরুংগা তেনগা থুংলায় অনীস্থ পুখ্রী অদুগী মনুংদা ঐনা লোত্তুনা থম্খিবনি । কৃষ্ণ ! অর্জ্জুন ! অনীমক্না চৎতুনা মকম্ অদুদগী থুংলায় অদু খয় লৌক্ল ॥৭০—৭১॥ অদুগী তুংদা, নরনারায়ণ অনীগী শায়োন্ ওইবা, কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনা মহাদেবগী খোঙলোয়শিংনা লম্জিংতুনা, মহাদেবনা তাক্লকুপা অঙকপা ফজবনা তিল্লবা, নীঙবা পুম্ব থুংহন্নবগী মশক্ ওইরবা পুখ্রী অদু তম্না লাকৃই ॥৭২—৭৩॥ অদুগী তুংদা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনা, নুমিৎকী মশেক্মকোয়গী মতৌগুম্ লংলবা পুখ্রী অদুগী মনাক্ত চঙতুনা পুখ্রী অদুগী মনুংদা য়েংশিনবদা, ঈশিং মনুংদা চাউর-শাংলবা লিল্ অম উরে ॥৭৪॥ অর্জ্জুন কৃষ্ণ অনীমক্না করি অমুক্ উবগে হায়ববু— মৈগী মতৌগুম্ লংনা ঙাঙ্লৈনরবা, মকোক্ লিশিং অমা পান্বা. অকিবগী মশক্ ওইরবা অতোপ্প লিল অমসু মমাদগী মৈরি মপৈবু অতৎ অথম্ লৈতনা ক্—ক্ কাম্থোক্তুনা লৈরি ॥৭৫॥ মাদু উবদা বেদ হৈরবা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক্না কম্থতুনা, আচমন তৌরগা, খুৎ লোয়নতুনা, খঙকম্ খোক্ত্রব শক্তি পুথা মহাদেবগী ধ্যান তৌতুনা, অদুগা, নোম্লক্না খুরমতুনা, মহাদেবগী শতরুদ্রগী সংহিতা শরুক্ অদু পাঠ তৌতুনা লিল অনীস্থবু আরাধনা তৌবা হৌরক্লে ॥৭৬—৭৮॥ লিল্ল অনী অদু, মহাদেবগী মাহাত্ম্য অদু ভাবদা, লিলগী মুর্ত্তিবু খুদক্ত থাদোকতুনা, মখোয় অনীমক্, লীরুং তেনগী মশক্ লৌখি ॥৭৮॥ অদুদগীদি খোইদোক্না, থবাই নুংঙাইরবা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক্না

ততঃ পার্শ্বাদ্বৃষাঙ্কস্য ব্রহ্মচারী ন্যবর্ত্তত। পিঙ্গাক্ষস্তপসঃ ক্ষেত্রং বলবান নীললোহিতঃ ॥৮০॥
স তদ্‌গৃহ্য ধনুঃ শ্রেষ্ঠং তস্থৌ স্থানং সমাহিতঃ। বিচকর্ষাথ বিধিবচ্ছরং ধনুরুত্তমম্ ॥৮১॥
তস্য মৌর্ব্বীঞ্চ মুষ্টিঞ্চ স্থানঞ্চালক্ষ্য পাণ্ডবঃ শ্রুত্বা মন্ত্রং ভবপ্রোক্তং জগ্রাহাচিন্ত্যবিক্রমঃ ॥৮২॥
স সরস্যেব তং বাণং মুমোচাতিবলঃ প্রভুঃ। চকার চ পুনর্বীরস্তস্মিন্ সরসি তদ্ধনুঃ ॥৮৩॥
ততঃ প্রীতং ভবং জ্ঞাত্বা স্মৃতিমানর্জ্জুনস্তদা। বরমারণ্যকে দত্তং দর্শনং শঙ্করস্য চ।
মনসা চিন্তয়ামাস তন্মে সংপদ্যতামিতি ॥৮৪॥
তস্য তন্মতমাজ্ঞায় প্রীতঃ প্রাদাদ্বরং ভবঃ। তচ্চ পাশুপতং ঘোরং প্রতিজ্ঞায়াশ্চ পারণম্ ॥৮৫॥
ততঃ পাশুপতং দিব্যমবাপ্য পুনরীশ্বরাৎ। সংহৃষ্টরোমা দুর্দ্ধর্ষঃ কৃতং কার্য্যমমন্যত ॥৮৬॥
ববন্দতুশ্চ সংহৃষ্টৌ শিরোভ্যাং তং মহেশ্বরম্। অনুজ্ঞাতৌ ক্ষণে তস্মিন্ ভবেনার্জ্জুনকেশবৌ ॥৮৭॥

---

পূপ্রী মনুংদগী লীরুং তেল অদু লোখৎলগা পুরক্তুনা মহাদেবদা কৎলুরে ॥৭৯॥ ওহাক্ লৈরগা, মমীৎ ঙাঙ্‌লৈনবা, কুচুসু ঙাঙ্‌লৈনবা, তপস্যা পূম্বগী তুংনকম্‌গী মশক্ ওইরবা, থোইদোক্লা মশা মউ ফরবা, কল্লবা ব্রহ্মচারী অম মহাদেবগী মনাক্ অদুদগী শঙহোদনা হেক্ চোংথোরকই ॥৮০॥ অদুদগী মহাক্লা অথোইবা লীরুং অদুবু পায়খতুনা, লীরুং পায়বদা মপা লৈতবা রথী অমগী মতৌগুম্‌না, চোক্‌শিন্না চপ লেপ্তুনা লীরুং অদুদা লীরী হাপকদবগী মতাগুম্ লীরুং অদু চিংখি ॥৮১॥ করামুক্ কন্‌বগে হৈবগে হায়বদু হায়কম্ খঙদবা অর্জ্জুননা, ব্রহ্মচারী অদুনা লীরুংবু পায়বা —মপায়, থুহম্ চেৎপা, লেপ্প কিরেপ অসিনাচিংবদু উবদা, অদুগা ব্রহ্মচারী অদুনা শোল্লিবা শিবগী মন্ত্র অদু তাবদা, পূম্নমক্ অদু থুদক্ত নীঙশিংহৌরে—তম্‌হৌরে ॥৮২॥ অদুদগীদি কল্লবা, মতীক্ মগুণ চাউরবা ব্রহ্মচারী অদুনা লীরুং অদু পুপ্রীদুদা অমুক্ থাদখ্রে ; অদুগা তেল অদুসু পুপ্রী অদুদা অদুম্ লংখখ্রে ॥৮৩॥ মাদু উবদা, মহাদেবনা পেন্‌বিরে হায়বসি খঙলদুনা, মথরাই সুংঙাইরবা অর্জ্জুন অসি, মমাঙৈদা বনবাসগী মতম্‌দা থোক্‌খিবা থৌদোক পুম্বা, অদুগা মহাদেবগা বনদা উনখিবা, মহাদেবনা মতৌ করম্না বর পীখিবা অসি পুম্বা মথং মথং নীঙশিংলক্‌লে। মতম্ অদুদা "মাসিনা ঐগী তৌগদব পুম্বা মহৈ য়ানবা ওইরসনু"—হায়না খন্‌খি ॥৮৪॥ মতম্ অদুদা অর্জ্জুননা পাল্লিবদু খঙলদুনা পেনবিরবা মহাদেবনা—"নহাক্ শোয়দনা হৌজিমক্ পাশুপত থুংলায়বু নীঙশিংবা ওইরসনু ; অদুগা নংগী ব্রাশকুসু থুংবা ওইরসনু"—অসুম্ হায়না অর্জ্জুনদা বর পীখ্রে ॥৮৫॥ লাকুণ্ডম্ ফাঙদনা কল্লবা অর্জ্জুননা, পাশুপত কৌবা মীয়ম্‌লেন্দ্রা ফংঙরোইদোবা থুংলায় অদু খুদক্ত ফংবদুদা, থোইদোক্লা নুংঙাইখিদুনা, মতুচুংদুনা, "জয়দ্রথবু, ঐ শোয়দনা হাৎলেদনা"—অসুম হায়না থাজনা মবুক্ত লেপখি ॥৮৬॥ অদুগী তুংদা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক্লা থোইদোক্লা হরাউনা, মহাদেবদা কোক্ শোক্লা খুরম্মি ; মহাদেবনসু অনীমক্তা বিদায় পীখি ॥৮৭॥ মতুং অদুদা, অসুর পুমবু হাৎঙম্‌লবা বিষ্ণু অমদি ইন্দ্র অনীমক্লা মহাদেবদগী বিদায় লৌদুনা

প্রাপ্তৌ স্বশিবিরং বীরৌ মুদা পরময়া যুতৌ। তথা ভবেনানুমতৌ মহাসুরনিপাতিনৌ।
ইন্দ্রবিষ্ণূ যথা যাতৌ জম্ভস্য বধকাঙ্ক্ষিণৌ ॥৮৮।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
প্রতিজ্ঞায়াং স্বপ্নে পার্থপাশুপতাস্ত্রপ্রাপ্তৌ
একসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ।০।*

---

অস্তাগীর হাৎকে হায়দুনা চৎখিবদুগুম্না কৃষ্ণ—অর্জ্জুন অনীমক্না য়াম্না হরাউনা লাললং তাম্না চৎখি ॥৮৮॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা প্রতিজ্ঞাগী মনুংদা স্বপ্নগী মতাংদা, পার্থ-পাশুপতাস্ত্রপ্রাপ্তিগী হুন্দ্র্‌তরামাথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## দ্বিসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ

হুন্দ্র্‌তরানিথোইশুবা অধ্যায়

( যুধিষ্ঠিরনা লাল্‌গী শেম্‌শাবগী মতাং )

—:(•):—

সঞ্জয় উবাচ।

তয়োঃ সংবদতোরেবং কৃষ্ণদারুকয়োস্তদা। সাত্যগাদ্রজনী রাজন্! অথ রাজাম্ববুধ্যত ॥১॥
পঠন্তি পাণিস্বনিকা মাগধা মধুপর্কিকাঃ। বৈতালিকাশ্চ সূতাশ্চ তুষ্টুবুঃ পুরুষর্ষভম্ ॥২॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ! কৃষ্ণগা দারুককা মতৌ অসুম্না য়ারী য়াতায় শা-শাহনা লৈমিত্তৈদা অহিং অদুসু ভাম্মোরকলে-নোংভালে। আসোমদা যুধিষ্ঠিরসু মহাকী লাললংদা মীকপ্ থোক্‌না য়াম্মোরে ॥১॥ মতম্ অদুদা, খুবাক্ থুথুহনা য়াকায়রোল্ শৈশকপশিংনা মাগধ ভাটকবিশিংনা, অথুম্ অহাউ কংজ-চাজহনা নিংথৌগী লৈশিংলৈথোম্‌বা শকপ অহৈবশিংনা, বৈতালিক অমদি

নর্ত্তকাশ্চাপ্যনৃত্যন্ত জগুর্গীতানি গায়নাঃ। কুরুবংশস্তবার্থানি মধুরং রক্তকণ্ঠিনঃ ॥৩॥
মৃদঙ্গা ঝর্ঝরা ভের্য্যঃ পণবানকগোমুখাঃ। আড়ম্বরাশ্চ শঙ্খাশ্চ দুন্দুভ্যশ্চ মহাস্বনাঃ ॥৪॥
এবমেতানি সর্ব্বাণি তথান্যান্যপি ভারত।। বাদয়ন্তি স্ম সংহৃষ্টাঃ কুশলাঃ সাধুশিক্ষিতাঃ ॥৫॥

(যুগ্মকম্)

স মেঘসমনির্ঘোষো মহান্ শব্দঃ স্পৃশন্ দিবম্। পার্থিবপ্রবরং সুপ্তং যুধিষ্ঠিরমবোধয়ৎ ॥৬॥
প্রতিবুদ্ধঃ সুখং সুপ্তো মহার্হশয়নোত্তমে। উত্থায়াবশ্যকার্য্যার্থং যযৌ স্নানগৃহং নৃপঃ ॥৭॥
ততঃ শুক্লাম্বরাঃ স্নাতাস্তরুণাঃ শতমষ্ট চ। স্নাপকাঃ কাঞ্চনৈঃ কুম্ভৈঃ পূর্ণৈঃ সমুপতস্থিরে ॥৮॥
ভদ্রাসনে সূপবিষ্টঃ পরিধায়াম্বরং লঘু। সস্নৌ চন্দনসংযুক্তৈঃ পানীয়ৈরভিমন্ত্রিতৈঃ ॥৯॥
উৎসাদিতঃ কষায়েণ বলবদ্ভিঃ সুশিক্ষিতৈঃ। আপ্লুতঃ সাধিবাসেন জলেন স সুগন্ধিনা ॥১০॥
রাজহংসনিভং প্রাপ্য উষ্ণীষং শিথিলার্পিতম্। জলক্ষয়নিমিত্তং বৈ বেষ্টয়ামাস মূর্দ্ধনি ॥১১॥
হরিণা চন্দনেনাঙ্গমুপলিপ্য মহাভুজঃ। স্রগ্বী চাক্লিষ্টবসনঃ প্রাঙ্মুখঃ প্রাঞ্জলিঃ স্থিতঃ ॥১২॥

---

চারণশিংনা যুধিষ্ঠিরগী মঙুণ থাথান্না শৈশক্খি ॥২॥ জগোই শাবা-শাবীশিংনা জগোঈ শাখি। মথনাউ শুংশিরবা ঈশৈশকপশিংনা কুরুবংশগী নিংথৌরোল শক্কৃনা যুধিষ্ঠিরবু লৈশি লৈথোনখি ॥৩॥ ভরতনন্দন, মহারাজ! ওবা নাইনা তমন্না হৈরবা পুংমচা, খঞ্জুরী, পেবে শিঙ্গা, মোইবুং পুংজাও (ঢোল), ঢুলোক, অসিনচিংবা পুংশেলগী জাৎ-জাৎ আস য়ৈখি-খোংখি ॥৪—৫॥ নুম্নবা লেম্নবা শিন্নবা খোঞ্জেল্শিং অসিনা যুধিষ্ঠির নিংথৌবু হৌদোক্খিবনি ॥৬॥ খোঞ্জেলশিং অসি তাবদা, নিংথৌ যুধিষ্ঠিরস্থ মমল য়াম্নবা মোন্দুম্ মোম্তেক্না লৈতেংলবা শয্যাথক্তগী হৌগত্তূনা স্নান তৌগে হায়বগীদমক স্নানঘর (ঈরুজকম কা) দা চঙখি ॥৭॥ অদুদগী মশানাম্নবা, ফিঙৌ শেৎপা নিপা নিপান্না যুধিষ্ঠিরবু স্নান তৌহন্গে হায়ন্না সনাগী চফুদা লূরবা ঈশিং পীক্-পীক্ থম্না হাপ্তূনা চঙশিংলকই ॥৮॥ যুধিষ্ঠিরস্থ পারপ্ তৌবা ফীজোল্ অম হোংদোক্তূনা ইরুজকম্ ফাল্ অমগী মথক্তা ফমগ্না চন্দননা মনম্ মুংশিনলবা, মন্ত্রনা শেংদোক্লবা লূরবা ঈশিনা স্নান তৌবা লোইরে ॥৯॥ অদুগী তুংদা মশাকন্নবা, নিংথৌগী ঈজিৎ থগুলবা, রাজব্যবহার মুন্না থগুলবা মীনায় মীশল থরনা নিংথৌগী হকচাং অদু চেকমচু মান্নবা ফিনা (গমছা) না তৈথোক্ নাম্বোক্লগা য়াইঙং মচু শগুলবা মনম্ মুংশিরবা চন্দন থীক্লবা জলনা অমুক্ অরোয়বদা শেং-দোক্খি ॥১০॥

অদুগী তুংদা, নিংথৌনা চোৎলিবস্থ থুনা কংখিনবা, কাংগুগী মত্তৌঙম্ মোলবা-ভৌরবা, খোইনা কন্নস্থ শুম্দোক্তিব্া ফি (রুমাল) না কোক্ অমদি মায়বু নাম্বোক্কৈতেথোক্খি ॥১১॥ অদু লোয়-বদা, যুধিষ্ঠিরনা হকচাংগী চন্দন তৈকম্ থওাক পাম্বোম-লাইবক্লচিংবদা চন্দন অত্তৌবা তৈত্তুনা খিম্মুনা, নান্নবা পায়বা ফীজোল্ হোংলগা, লৈপরেংশিন্নুনা, নোংপোক মায়কৈ ওন্দুনা খুৎ

জপ্যাপ জপ্যং কৌন্তেয়ঃ সত্যং মার্গমনুষ্ঠিতঃ । ততোঽগ্নিশরণং দীপ্তং প্রবিবেশ বিনীতবৎ ॥১৩॥

(যুগ্মকম্)

সমিদ্ভিঃ সপবিত্রাভিরগ্নিমাহুতিভিস্তথা । মন্ত্রপূতাভিরর্চ্চিত্বা নিশ্চক্রাম গৃহাত্ততঃ ॥১৪॥

দ্বিতীয়াং পুরুষব্যাঘ্রঃ কক্ষাং নিষ্ক্রম্য পার্থিবঃ । তত্র বেদবিদো বৃদ্ধানপশ্যদ্‌ব্রাহ্মণর্ষভান্ ॥১৫॥

দান্তান্ বেদব্রতস্নাতান্ স্নাতানবভৃথেষু চ । সহস্রানুচরান্ সৌরান্ সহস্রঞ্চাষ্ট চাপরান্ ॥১৬॥

(যুগ্মকম্)

অক্ষতৈঃ সুমনোভিশ্চ বাচয়িত্বা মহাভুজঃ । তান্ দ্বিজান্ মধুসর্পির্ভ্যাং ফলৈঃশ্রেষ্ঠৈঃ সুমঙ্গলৈঃ ॥১৭॥

প্রাদাৎ কাঞ্চনমেকৈকং নিষ্কং বিপ্রায় পাণ্ডবঃ । অলঙ্কৃতঞ্চাশ্বশতং বাসাংসীষ্টাশ্চ দক্ষিণাঃ ॥১৮॥

(যুগ্মকম্)

তথা গাঃ কপিলা দোগ্ধ্রীঃ সবৎসাঃ পাণ্ডুনন্দনঃ । হেমশৃঙ্গা রূপ্যখুরা দত্ত্বা চক্রে প্রদক্ষিণম্ ॥১৯॥

স্বাস্তিকান্ বর্দ্ধমানাংশ্চ নন্দ্যাবর্ত্তাংশ্চ কাঞ্চনান্ । মালাঞ্চ জলকুম্ভাংশ্চ জ্বলিতঞ্চ হুতাশনম্ ॥২০॥

পূর্ণান্যক্ষতপাত্রাণি রুচকং রোচনাং তথা । স্বলঙ্কৃতাঃ শুভাঃ কন্যা দধিসর্পির্মধূদকম্ ॥২১॥

মঙ্গল্যান্ পক্ষিণশ্চৈব যচ্চান্যদপি পূজিতম্ । দৃষ্ট্বা স্পৃষ্ট্বা চ কৌন্তেয়ো বাহ্যাং কক্ষামুপাগমৎ ॥২২॥

( বিশেষকম্ )

---

লোয়না, সাধু মহাআশিংনা তোনরকপা নিত্যকর্ম্মগী বিধি কায়দনা গায়ত্রীমন্ত্র জপ তৌবা লোইরগা য়াম্না তৌখিনা যজ্ঞ শালা (হোম তৌকম) দা চঙখি ॥১২—১৩॥ অদুগী তুংদা পুম্নমক্ননা অগ্নিদেববু পেলহল্লয়গা যজ্ঞশালানুংদগী মপান্ থোরকই ॥১৪॥ অস্নম্ তৌদুনা অনীশুবা কাদগী থোরক্লগা বেদপাঠী, ইন্দ্রিয় খুঙম্ চল্লবা, ব্রতউপাসনাদ পূর্ণ্রীং চঙলব, যজ্ঞ লোইরবা তুংদা স্নান তৌরবা, মাগী মাগী শিষ্য-সেবক লিশিং অমমম্ লোয়নরবা, সূর্য্যগী উপাসনা তৌরবা, অহল ওইরবা গুণী ওইরবা ব্রাহ্মণ লিশিং অমগা নিপান্‌গা উনদুনা, মখোয়দগী আশীর্ব্বাদ লৌখি ॥১৫—১৬॥ অদুগী তুংদা, মপাম্বোম্ চাউরবা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা চেঙ, লৈ, খোইহী, ঘী, উহৈ ব্লাহৈ, অতৈ অতৈ মঙ্গলগী পোচ্চং পুম্নমক্না ব্রাহ্মণশিংদু স্বস্তিবাচন তৌরগা ব্রাহ্মণশিং অদুগী খুদিংমক্তা সনামপাক্ (মোহর অমমম্, কি অমমম্, মতীক্ চাবা দক্ষিণা তোঙাম্না তৌরগা অমমম্‌দা শগোল চাম-চাম দান তৌখি ॥১৭—১৮॥ যুধিষ্ঠিরনা, মচিদা সনা য়োম্বা মখোম্ য়াম্না খোকপী, মচাচেন্‌বী, সনাগী মচু মান্‌বী- খুজীন্দ লুপা তোম্নী শন্‌বী, কয়া কয়া দক্ষিণাগা লোয়ননা দান তৌখি ॥১৯॥ দান তৌবা লোইরবা তুংদা, সনানশাবা স্বস্তিক তৌবা চিদাই অহুম্ লোঙবা পাত্র (কেগাম্) দেবমন্দির, ঈশিংনা থল্লব, চকু, চাক্‌থৎলকুলিবা মৈ চেঙ-চোম হাপ্লগা পাত্র, শ্রীকৌবা মঙ্গলগী পোৎ গোরচন, ফিজেৎ লৈতেংলবী কন্যা, শঙ্গোম্ মপান্ খোইহী অশেংবা ঈশিং, উবদা মঙ্গল ওইবা উচেক্, অসি নত্তবা শোকপা উবদা মঙ্গল ওইবা পোৎ মখৈ শোক্ননা য়েংদুনা যুধিষ্ঠিরনা মাঙোন্‌গা থংনবা মপান্‌গী কাদা থোরকই ॥২০—২২॥

ততস্তস্য মহাবাহোস্তিষ্ঠন্তঃ পরিচারকাঃ। সৌবর্ণং সর্বতোভদ্রং মুক্তাবৈদূর্য্যমণ্ডিতম্ ॥২৩॥
পরার্দ্ধ্যাস্তরণাস্তীর্ণং সোত্তরচ্ছদমৃদ্ধিমৎ। বিশ্বকর্ম্মকৃতং দিব্যমুপজহ্রুর্বরাসনম্ ॥২৪॥ (যুগ্মকম্)
তত্র তস্যোপবিষ্টস্য ভূষণানি মহাত্মনঃ। উপজহ্রুর্মহার্হাণি প্রেষ্যাঃ শুভ্রাণি সর্ব্বশঃ ॥২৫॥
মুক্তাভরণবেশস্য কৌন্তেয়স্য মহাত্মনঃ। রূপমাসীন্মহারাজ। দ্বিষতাং শোকবর্দ্ধনম্ ॥২৬॥
পাণ্ডুরৈশ্চন্দ্ররশ্ম্যাভৈর্হেমদণ্ডৈশ্চ চামরৈঃ। দোধূয়মানৈঃ শুশুভে সবিদ্যুদিব তোয়দঃ ॥২৭॥
সংস্তূয়মানঃ সূতৈশ্চ বন্দ্যমানশ্চ বন্দিভিঃ। উপগীয়মানো গন্ধর্ব্বৈরাস্তে স্ম কুরুনন্দনঃ ॥২৮॥
ততো মুহূর্ত্তাদাসীত্তু বন্দিনাং নিস্বনো মহান্। নেমিঘোষশ্চ রথিনাং খুরঘোষশ্চ বাজিনাম্ ॥২৯॥
হ্রাদেন গজঘণ্টানাং শঙ্খানাং নিনদেন চ। নরাণাং পদশব্দেন কম্পতীব স্ম মেদিনী ॥৩০॥
ততঃ শুদ্ধান্তমাসাদ্য জানুভ্যাং ভূতলে স্থিতঃ। শিরসা বন্দনীয়ং তমভিবন্দ্য জগৎপতিম্ ॥৩১॥
কুণ্ডলী বদ্ধনিস্ত্রিংশঃ সন্নদ্ধকবচো যুবা। অপি প্রণম্য শিরসা দ্বাস্থো ধর্ম্মাত্মজায় বৈ।
ন্যবেদয়দ্ধৃষীকেশমুপায়াতং মহাত্মনে ॥৩২॥ (যুগ্মকম্)

---

মতীক্ মগুণ চাউরবা যুধিষ্ঠিরনা মকম্ অদুদা লেপ্পুনা লৈবা মতম্দা, মীনায়শিংনা, সনা লুপা মণিমুক্তানা হৎলবা, বৈদুর্য্য মণিনা থাম্লবা কি (মোম্পাকফিদক) না কুপ্লবা, অদুগী মথক্তা অপাবা মোল্লবা ফিনা অমুক্ কুপ্লবা, মনম্ সুংশিরব', বিশ্বকর্ম্মা মশামক্না শাবা—অদুগুম্বা সর্ব্বতোভদ্র কৌব আসন অদু পুশিল্লকুনা থাবৈ ॥২৩—২৪॥ অদুগুম্বা আসন্দা যুধিষ্ঠিরনা ফম্লুবদা মনাই-শিংনা মমল য়াম্লবা ঙৌরবা লুরবা থাওচেৎ-নমথাংনাচংবদু পুশিল্লকই ॥২৫॥ মহারাজ! যুধিষ্ঠিরনা লালগী য়াম্ব নীঙথিজনা শেৎ-চারকপা মতম্সিদা, মহাক্কী মূর্ত্তি—ফিরেপ অদু য়েক্লবশিংগী মকম্দা অকিবা-মিপাইবা পোক্লনবগী মশক্ ওইখি ॥২৬॥ অদুগী তুংদা মীনায়শিংনা থাগী মঙালগী মতৌগুম্বা ঙৌক্লনরবা কাওহাই চামর পায়দুনা থৌগল্লকপা মতম্দদি যুধিষ্ঠির অসি নোংথাংগা লোয়নবা শরৎ ঋতুগী ঙৌরবা নোং মতুম্গী মতৌগুম্বা থোইদোক্না নীঙথিজখি ॥২৭॥ স্তুতিপাঠ তৌব শিংনা স্তুতি তৌদুনা, বন্দী কবিশিংনা শৈরেং শৈশক্না লৈশি লৈথোক্লুনা, গন্ধর্ব্ব-অপ্সরাশিংগী মতৌগুম্বা মথনাউ করবা-থুম্লবা ঈশৈ শকপশিংনা অকোয়বদা ঈশৈ শক্কুনা—মতৌ অদুম্না যুধিষ্ঠির অসি মহাক্কী আসনথক্তা ফুম্লিদুনা ঙাম্বোইদুনা লৈ ॥২৮॥ অদুদগী ওহাক লৈরগা শগোল শাম্লুনা খোঙবগী খোঞ্জেন্না, পেরেশিংগী মখোন্না চাকাশিংনা ক্রেক্ ক্রেক্ তক্লরকপগী মখোন্না মায়কৈ পুম্বা পুম্নিন্ নিম্নরকলে। শগোলশিংনা খেক্ল খেক্লা খোংনরকই ॥২৯॥ শাম্বুগী মঙকশমদা শিবা চাউরব শন্নীকশিংগী মখোন্না মোইবুং ময়াম্গী খোঞ্জেল্ অদুগা খোঙমীশিংনা চাংনাইখি তাল্ কায়দনা চৎনরকপগী ইনিন্না পৃথ্বী অসি থক্ থক্ নীকই ॥৩০॥ ওহাক্ লৈরগা কুণ্ডল নাপ্পিন্ চিন্‌বা, মথ্‌ৎওদা থাঙ মানবা, লালকুরিৎ লীৎপা, মশা মউ কবা থোঙ শঙবা পাথং অমনা যুধিষ্ঠিরনা লৈরিবা মকম অদুদা চঙশিল্লকুনা, মকোক্‌নোম মখুকউ লৈপাক্ তাদুনা; [illegible]না শৃকমহুনা "কৃষ্ণ লেঙওকই"

সোঽব্রবীৎ পুরুষব্যাঘ্রঃ স্বাগতেনৈব মাধবম্ । অর্ঘ্যঞ্চৈবাসনঞ্চাস্মৈ দীয়তাং পরমার্চ্চিতম্ ।৩৩।
ততঃ প্রবেশ্য বার্ষ্ণেয়মুপবেশ্য বরাসনে । সৎকৃতস্তেন সৎকৃত্য পর্য্যপৃচ্ছদ্যুধিষ্ঠিরঃ ।৩৪।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
প্রতিজ্ঞায়াং যুধিষ্ঠিরণসজ্জায়াং দ্বিসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ।০। *

---

হায়রবা পাউ তশৈ ॥৩১—৩২॥ মাহু তাবদা নিপা অথোইবা যুধিষ্ঠিরনা—"কৃষ্ণবু নীঙথিনা, তরায় কৌশিল্লক্তনা নীঙথিবা আসন থাহুনা কম্‌হল্লবা থৌরাং থুনা তৌ" অস্তুম হায়না পাথং অহুদা য়াথং পীখি ॥৩৩॥ অহুদগী দ্বারপাল অহুনা, কৃষ্ণবু তরায়া পুশিল্লক্তনা ; নীঙথিজরবা আসন অম থারগা মাহুদা লেঙশিলহল্লমগা চৎথরবা তুংদা, কৃষ্ণনা যুধিষ্ঠিরদা নোল্লুক্না খুরম্নি । যুধিষ্ঠিরস্থ তরাম্ তরায়া ওক্লগা, আসনদা নীঙথিনা কল্লবা কৃষ্ণগী মকম্‌দা অস্তুম্না হংলকই ॥৩৪॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা, শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা প্রতিজ্ঞাগী মমুংদা "যুধিষ্ঠির রণসজ্জা"গী হুম্ফূতরানিথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ত্রিসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ।

হুম্ফূহুমদোইশুবা অধ্যায়ঃ ।

( অর্জ্জুননা তাঙবগী মতাং )

—ঃ(০)ঃ—

### সঞ্জয় উবাচ ।

ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা প্রতিনন্দ্য জনার্দ্দনম্ । উবাচ পরমপ্রীতঃ কৌন্তেয়ো দেবকীসুতম্ ।১।
সুখেন রজনী ব্যুষ্টা কচ্চিত্তে মধুসূদন । । কচ্চিজ্জ্ঞানানি সর্ব্বাণি প্রসন্নানি তবাচ্যুত । ।২।

---

সঞ্জয়না হায়ঃ— অহুগী তুংদা কুন্তীগী মচা ধর্ম্ম চেল্লবা যুধিষ্ঠিরনা থোইদোক্না হরাউনা কৃষ্ণবু তরাম্ তরামনা ওক্লগা, অস্তুম্না হায়রকই :—॥১॥ "কৃষ্ণ ! অহিংসিমা নুংঙাইনা পোথাহনা লেপ্লিনিদনা ? অহুগা তৌগদবা থবক পুম্বগী মরম্‌দা লোইনা নীঙশিংহ্লনা লৈম্নিনিকো ?" ॥২॥

বাসুদেবোঽপি তদ্‌যুক্তং পর্য্যপৃচ্ছদ্‌যুধিষ্ঠিরম্ । ততঃ কত্বা প্রকৃতয়ো ভবেশয়হুপস্থিতাঃ ॥৩॥
অনুজ্ঞাতশ্চ রাজ্ঞা স প্রাবেশয়ত তং জনম্ । বিরাটং ভীমসেনঞ্চ ধৃষ্টদ্যুম্নঞ্চ সাত্যকিম্ ॥৪॥
চেদিপং ধৃষ্টকেতুঞ্চ দ্রুপদঞ্চ মহারথম্ । শিখণ্ডিনং যমৌ চৈব চেকিতানং সকেকয়ম্‌, ॥৫॥
যুযুৎসুঞ্চৈব কৌরব্যং পাঞ্চাল্যঞ্চোত্তমৌজসম্‌, । যুধামন্যুং সুবাহুঞ্চ দ্রৌপদেয়াংশ্চ সর্ব্বশঃ ॥৬॥
( বিশেষকম্ )

এতে চান্যে চ বহবঃ ক্ষত্রিয়াঃ পাণ্ডবর্ষভম্ । উপতস্থুর্মহাত্মানং বিবিশুশ্চাসনে শুভে ॥৭॥
একস্মিন্নাসনে বীরাবুপবিষ্টৌ মহাবলৌ । কৃষ্ণশ্চ যুযুধানশ্চ মহাত্মানৌ মহাদ্যুতী ॥৮॥
ততো যুধিষ্ঠিরস্তেষাং শৃণ্বতাং মধুসূদনম্ । অব্রবীৎ পুণ্ডরীকাক্ষমাভাষ্য মধুরং বচঃ ॥৯॥
একং ত্বাং বয়মাশ্রিত্য সহস্রাক্ষমিবামরাঃ । প্রার্থয়ামো জয়ং সংখ্যে শাশ্বতানি সুখানি চ ॥১০॥
ত্বং হি রাজ্যবিনাশঞ্চ দ্বিষদ্ভিশ্চ নিরাক্রিয়াম্ । ক্লেশাংশ্চ বিবিধান্ কৃষ্ণ ! সর্ব্বাংস্তানপি বেৎসি নঃ ॥১১॥
ত্বয়ি সর্ব্বেশ ! সর্ব্বেষামস্মাকং ভক্তবৎসল ! । সুখমায়ত্তমত্যর্থ, যাত্রা চ মধুসূদন ! ॥১২॥
স তথা কুরু বার্ষ্ণেয় ! যথা মম মনস্ত্বয়ি । অর্জ্জুনস্য যথা সত্যা প্রতিজ্ঞা স্যাচ্চিকীর্ষিতা ॥১৩॥

---

কৃষ্ণনসু যুধিষ্ঠিরনা হংদিব পুস্বদু খুম্নগা, অদুগী তুংদা, যুধিষ্ঠিরগী মঙ্গল ওইবা রাপাউবুসু হংন-খোংনরগ।, অনী সুণ্ডাইনা কস্মিন্নহুনা লৈনরিঙৈসিম ক্কদা থোঙশঙবা অম চঙলক্কুনা "মন্ত্রী মরাম্‌, লাকৃই"—হায়না হংগৎলৈ ॥৩॥ যুধিষ্ঠিরনা "মখোয়বু চঙচল্লকৃউ" হায়না য়াথং পীরনদা থোঙশঙবনা মন্ত্রীশিং অদুবু থাজিল্লকৃই। বিরাট, শিখণ্ডী, নকুল, সহদেব, চেকিতান, কেকয়শিংন', ধৃতরাষ্ট্রগী মচা যুযুৎসু, পাঞ্চালগী অকনবা উত্তমৌজা, যুধামন্যু, সুবাহু অদুগ। দ্রৌপদীগী মচাশিং—মখোয় অসি মথং মথং চঙত্তকই ॥৪-৬॥ অসি নত্তবা লুচিংবা অতৈ অতৈসু লাকতুনা মাগী মাগী নীঙথিজরবা আসনদা কমথনখি ॥৭॥ মতম অসিদা কল্লবা, মরিল্‌ লৈরবা, তেজ কল্লবা, মপাঙ্গোম্‌ চাউরবা কৃষ্ণ সাত্যকি অনী অসি আসন অমতদা কস্মিন্নৈ ॥৮॥ অসিগী তুংদা, ভহাক্‌ লৈরগ', অকনবশিং অদুগী মাওদা, যুধিষ্ঠিরনা থস্বাল্‌ মীত্তা তারবা, থোইনা নীঙথিজরবা কৃষ্ণবু য়েংহুনা অস্নয়া হায়রকৃই—॥৯॥ "কৃষ্ণ! যাদব! লাইয়ায়া ইন্দ্র অমতগী মথক্ত ভারপুস্থ শিন্নহুনা লান্দা জয় ওইবা' অমদি সুখশান্তি পুস নিজখিবা অহুগুমা ঐখোয়সু কৃষ্ণ নাঙোত্তদা ভার পুস্থ শিন্নহুনা রাজ্য কংখিগনি হায়না আশা তৌরি"—॥১০॥ য়রমৃদি ঐখোয়গী লৈপাক-সিংহাসন মাঙখিবা য়েক্কবনা ঈশ্বরবাক্কগী ভাস্তোকপা, ঐখোয়না বনদা মতম্‌ কুইনা অরাবা কয়া খাঙখিবা—অসি পুন্নমকসি কৃষ্ণ নহাক্কনা মুন্না থত্তিত্তদে ॥১১॥ জগৎ পুস্বগী [illegible] কর্ত্তা ওইহুনা লৈবা! চঙজয়কপবু সুংশিবিবা! মধুসূদন! ঐখোয়বু সুংঙাইহনগে-[illegible]গে হায়বা অদুগা পুক্তি ভেল-হনগে-শাংহনগে হায়বা—অসি পুন্নমকসি নঙগী নখুত্তা লৈনবনি ॥১২॥ বৃষ্ণি নন্দন! ঐনা নংবু অমুক সুংশিজরিবসিগী মরম অসি কম্মিনো হায়বদু থজলবা নহাক্কা মাহু থোক্কবা অদুম্‌ ভৌ।

ন ভবাংস্তারয়ত্বস্মান্ দুঃখামর্ষমহার্ণবাৎ । পারং তিতীর্ষতামস্ত প্লবো নো ভব মাধব ! ॥১৪॥
ন হি তৎ কুরুতে সংখ্যে রথী রিপুবধোদ্যতঃ । যথা বৈ কুরুতে কৃষ্ণ ! সারথির্যত্নমাস্থিতঃ ॥১৫॥
যথৈব সর্ব্বাস্বাপৎসু পাসি বৃষ্ণীন্ জনার্দ্দন ! । তথৈবাস্মান্ মহাবাহো ! বৃজিনাত্ত্রাতুমর্হসি ॥১৬॥
অগাধেঽপ্লবে মগ্নান্ পাণ্ডবান্ কুরুসাগরে । তারয়াস্ত প্লবো ভূত্বা শঙ্খচক্রগদাধর ! ॥১৭॥
নমস্তে দেবদেবেশ ! সনাতন ! বিশাতন ! । বিষ্ণো ! জিষ্ণো ! হরে ! কৃষ্ণ ! বৈকুণ্ঠ ! পুরুষোত্তম ॥১৮॥
নারদস্ত্বাং সমাচখ্যৌ পুরাণমৃষিসত্তমম্ । বরদং শার্ঙ্গিণং দেবং তৎ সত্যং কুরু মাধব ! ॥১৯॥
ইত্যুক্তঃ পুণ্ডরীকাক্ষো ধর্ম্মরাজেন সংসদি । তমেবমব্রবীদ্ বাগ্মী প্রত্যুবাচ যুধিষ্ঠিরম্ ॥২০॥

বাসুদেব উবাচ ।

সামরেষ্বপি লোকেষু সর্ব্বেষু ন তথাবিধঃ । শরাসনধরঃ কশ্চিদ্‌যথা পার্থো ধনঞ্জয়ঃ ॥২১॥
বীর্য্যবানস্ত্রসম্পন্নঃ পরাক্রান্তো মহাবলঃ । যুদ্ধশৌণ্ডঃ সদামর্ষী তেজসা পরমো নৃণাম্ ॥২২॥

---

অতুগা অর্জ্জুননা তৌগে হায়না রাশক্প্রিবসিসু থ্‌ংহল্লু ॥১৩॥ মাধব ! নহাক্না অশাউবা-নুংঙাইতবা অরাবগী ঈপাক্তা লুপ্লবা ঈচিন্নাও ঐখোয়বু অমুক্তা উদ্ধার তৌ । ঐখোয়না লাম্থোক্নীঙলিবা অরাবা ঈপাক্ অসিগী পোঙ্ (হি) দি নহাক্নি ॥১৪॥ কৃষ্ণ ! লান্দা কল্লবা, হৈরবা, চোক্শিল্লবা সারথি নত্তাক্রুম্বা অননা তৌবা ভম্বাচুগুম্না য়েক্নবা হাৎকদোরিবা রথী অমনা খুংলায় পায়ত্তনা অতুম তৌবা ঙমদে ॥১৫॥ অকন্‌বা ! কৃষ্ণ ! অশিংবা ! বৃষ্ণি-যদুশাগৈবু নংনা ঙাক্শেন্দুনা, অরাবদগী কন্‌থিনা থম্বচুগুম্না ঐখোয়বুসু অরাবা থুদোংথীবগী ঈপাক্ অসিদগী অমুক্তদি উদ্ধার তৌ ॥১৬॥ হে শঙ্খ চক্র গদা পদ্ম ধারী ! পাণ্ডুগী মচাশিং ঐখোয়সে কৌরব তেঙ্গোলগী মশক্ ওইরবা ঈপাক্ অসিদা লৈখাতানা, কাওগৎপা ঙমদমখৈ লুপ্তুনা লৈরেদো । অতুনা, নহাক্ন ঐখোয় পাণ্ডবশিংসিবু অমুক্তদি কল্লুনা ॥১৭॥ "দেবতা পুম্নগীসু দেবতা ওইরবা ! মধুসূদন ! জগৎকী সৃষ্টিগী মমাঙদগীসু লেঙদনা লাক্লবা ! কত্রবা পুম্নবু তাড়ন তৌবিরক্লিবা ! বিষ্ণু ! হরি ! হে বৈকুণ্ঠ নাথ ! নঙোন্দা চঙজরি, খুংলোম্নমা খুকমজরি ॥১৮॥ মাধব ! নহাক্ মীচম্ নত্তে । নারদনচিংবা মহাজ্ঞানীশিংনা নহাকপু ঋষি অথোইবা নারায়ণতুমক্নি হায়নৈদে । । অতুনা নহাক্না অর্জ্জুনগী রাশক্ অসে, অমুক্তদি থ্‌ংহল্লুকো" ॥১৯॥ লালশঙদা তিল্লিবা অকন্‌বশিংগী সভা অতুদা যুধিষ্ঠিরনা অসুম্না কৃষ্ণদা হায়রক্লবদা, মবুক্চোল্লবা, মুরবা নোংনা ঙংবগী খোঙ্গেলগুম্বা লুম্নবা লেন্নবা খোম্থোক্না যুধিষ্ঠিরদা বাসুদেব কৃষ্ণনা হায় :—ধর্ম্মরাজ ! য়াম্মুং নিংথৌ ! পৃথানন্দন অর্জ্জুননা জগৎ অসিগী মনুংদা লীক্রুং পায়বা মহারথী অমা ওইরিবসিগুম্না মরোল অছম্ অসিদা কনা অমত্তনা ওইবা ঙম্লত্রি ॥২০—২১॥

শস্ত্রোয় হক্চাং পুক্লীংগী, পাঙ্গল অছম্বা তিল্লবা
মতীক্ মঙ্গণ মথোন্না লৈবা, লান্দা মখিল্ মুদোক্পা

স যুবা বৃষভস্কন্ধো দীর্ঘবাহুর্মহাবলঃ । সিংহবিক্রান্তগতিঃ শ্রীমান্ দ্বিষতস্তে হনিষ্যতি ॥২৩॥ (যুগ্মকম্)

অহঞ্চ তৎ করিষ্যামি যথা কুন্তীসুতোঽর্জ্জুনঃ । ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য সৈন্যানি হত্যাভাগীরিবেষ্যনম্ ॥২৪॥

অদ্য তং পাপকর্ম্মাণং ক্ষুদ্রং সৌভদ্রঘাতিনম্ । অপুনর্দর্শনং মার্গমিষুভিঃ ক্ষেপ্স্যতেঽর্জ্জুনঃ ॥২৫॥

তস্যাদ্য গৃধ্রাঃ শ্যেনাশ্চ বৃকা গোমায়বস্তথা । ভক্ষয়িষ্যন্তি মাংসানি যে চান্যে পুরুষাদকাঃ ॥২৬॥

যদ্যস্য দেবা গোপ্তারঃ সেন্দ্রাঃ সর্ব্বে যুধিষ্ঠির ! । রাজধানী যমস্যাদ্য হতঃ প্রাপ্স্যতি সংযুগে ॥২৭॥

নিহত্য সৈন্ধবং জিষ্ণুরদ্য ত্বামুপযাস্যতি । বিশোকো বিজ্বরো রাজন্ ! ভব শান্তিপুরস্কৃতঃ ॥২৮॥

---

য়েক্কবদা থোইনা শাউগন্‌বা, তাইবং মীগী মঙ্গুংদা তেজ লৈবা
শল্লাবগুম্ মযেং ফল্লবা নোংশা-কাওগী শাজৎ মান্‌বা
অকন্‌বগী গুণনা লৈতেংবা, পাখং অর্জ্জুন অকন্‌বা
মহাক্লা কৌরব তেঙ্গোলবু, য়াম্মুংগী য়েক্কবা মথৈবু
লোইনা তুম্না হাৎকনি, মাসিদা করিমত চিংনবিনু ॥২২—২৩॥
মৈয়িকংনা চাক্লবা মৈনা, অকংবা থনবু চাকথেক্‌পগুম্
অর্জ্জুন, কৌরব লাম্মীবু, থুনা চাক্‌থেক্‌হন্‌খিনবা
মাহু শোয়দনা থোকনবা, . কৃষ্ণ ঐসু থবক তৌগনি ॥২৪॥
মহাপাপী মবুক্‌চেল্ পীক্‌পা অধর্ম্মগী লান্দা অভিমন্যুনা শিখিবা
মাহুগী মরম্ অথোইবা, জয়দ্রথবু ওসি অর্জ্জুন্‌না
থৌরবা তেম্না লম্‌জিংবিদুনা, থাখিগদোরিবা লম্বী অদুদি
জয়দ্রথনা মপোকসিমদদি, অমুক্ হন্না উবা ফংলরোই ॥২৫॥
লাঙ্‌জা থুমুগ্রও কৈজেংলাং লম্‌হুইনচিংবা শাহিং চাবা
মীশা চাবা জন্তু কয়া কয়ানা, ওসি জয়দ্রথগী হকচাংবু
মচেৎ মচেৎ শেত্‌না শোয়দনা চাগনি মহারাজ ! ॥২৬॥
ওসি কৌবা সুমিত্তা, জয়দ্রথ কন্‌গে হায়দুনা
ইন্দ্রনচিংবা লাইয়ামমক্লা, মহাকপু তাক্‌শেনগবস্ু,
জয়দ্রথ কৌবা মহাক্কি, ওসি যমপুর য়ৌগনি ॥২৭॥
ওসি মনাও অর্জ্জুননা, কত্রবা জয়দ্রথবু হাৎলগা
য়াম্মুং নিংথৌদা মথোয়মোংনা, লাক্কনা পাউদম্মনি ।
অদুনা য়াম্মুং নিংথৌবা, থোইনা চিন্তা তৌবিনু ।
ঊম্মুং সুংওাইনা লৈবিনি, পুক্নীংতয়াং তশোইনবিনু ॥২৮॥

## সঞ্জয় উবাচ।

তথা সংভাষতাং তেষাং প্রাদুরাসীদ্ধনঞ্জয়ঃ। দিদৃক্ষুর্ভরতশ্রেষ্ঠং রাজানং সসুহৃদ্গণম্ ॥২৯॥
তং প্রবিষ্টং শুভাং কক্ষামভিবাদ্যাগ্রতঃ স্থিতম্। সমুত্থায়ার্জ্জুনং প্রেম্ণা সস্বজে পাণ্ডবর্ষভঃ ॥৩০॥
মূর্দ্ধ্নি চৈনমুপাঘ্রায় প্রোচ্য পরিষ্বজ্য চ বাহুনা। আশিষঃ পরমাঃ স্ময়মানোঽভ্যভাষত ॥৩১॥
ব্যক্তমর্জ্জুন! সংগ্রামে ধ্রুবস্তে বিজয়ো মহান্। যাদৃগ্রূপা হি তে ছায়া প্রসন্নশ্চ জনার্দ্দনঃ ॥৩২॥
তমব্রবীত্ততো জিষ্ণুর্মহদাশ্চর্য্যমুত্তমম্। দৃষ্টবানস্মি ভদ্রং তে কেশবস্য প্রসাদজম্ ॥৩৩॥
ততস্তৎ কথয়ামাস যথাদৃষ্টং ধনঞ্জয়ঃ। আশ্বাসনার্থং সুহৃদাং ত্র্যম্বকেণ সমাগমম্ ॥৩৪॥
ততঃ শিরোভিরবনীং স্পৃষ্ট্বা সর্ব্বে চ বিস্মিতাঃ। নমস্কৃত্য বৃষাঙ্কায় সাধু সাধ্বিত্যথাব্রুবন্ ॥৩৫॥
অনুজ্ঞাতাস্ততঃ সর্ব্বে সুহৃদো ধর্ম্মসূনুনা। ত্বরমাণাঃ সুসংনদ্ধা হৃষ্টা যুদ্ধায় নির্যযুঃ ॥৩৬॥
অভিবাদ্য তু রাজানং যুযুধানাচ্যুতার্জ্জুনাঃ। হৃষ্টা বিনির্যযুস্তে বৈ যুধিষ্ঠিরনিবেশনাৎ ॥৩৭॥

সঞ্জয়না হায় :— কৃষ্ণগা যুধিষ্ঠিরগা মতৌ অম্মা রাবী শান্না লৌরইভসিমক্তদা অচেৎপা খোঙচোয়-মন্ত্রী খবগা লোয়ননা অর্জ্জুন অসি মথান্থু নিংথৌ যুধিষ্ঠিরগা উনগে হায়দুনা হেক্ লাকৃই ॥২৯॥ অর্জ্জুননা প্রপ্রেপ্ চণ্ডশিল্লক্তুনা খুৎলোম্লনা মকোক্ নোম্না যুধিষ্ঠিরদা খুরম্নগা ভ্রামল্ল চপ্ লেপ্তুনা, লৈ। মতম্ অভমক্তদা যুধিষ্ঠিরনা কম্ফমদগী ফুক্ খোগত্তুনা, মনাও নিপাবু নুংশিনা কোম্লি-চুপ্প ॥৩০॥ যুধিষ্ঠিরনা মনাও কল্লবা অর্জ্জুনগী মকোক্ত নুংশিনা নান্দুনা, মনম্ নমদুনা চেচেৎ কোম্লগা আশীর্ব্বাদ পীনা-পীনা মোমোন তৌনা হায়রকই ॥৩১॥ ঈয়াম্বগী ঈবুঙো! অকন্বা! ওসিগী নুমিত্তা ঈনাওগী মায়পোং মকা-রাম্বা, মমায় ঈরংলংবা আস উরগা, অদুগা কৃষ্ণনা ওসি য়াম্না পেন্বীবগুম্ব মতৌ অসি উবদা, নহাক্ ওসি শোয়দনা জয় ওইগনি হায়না ঈয়াম্বনা চিংনবা লৈতনা আশা তৌরি" ॥৩২॥ যুধিষ্ঠিরগী বা তাবদা অর্জ্জুননা হায়রকই :— "য়াম্বুং মহারাজ! য়াম্বুংগী মঙ্গল ওইসনু। ওসিদি ঐ, কৃষ্ণগী থৌজান্দগী অঙকপা মঙ অমা মঙজৈ" ॥৩৩॥ অদুগী তুংদা অর্জ্জুননা মতৌ করম্না মঙ অদুদা কৃষ্ণগা লোয়ননা চৎখিদুনা মহাদেবগা উনখিবা, মতৌ করম্না পাশুপত খুৎলায়বু কংখিবা অসিনচিংবা মঙদা উখিবমখৈ রাজনা মথং মনাও কায়দনা লীরকলে ॥৩৪॥ লীরিবা মঙ অদু তাবদা অদুক্য়াম্ব তিল্লিবশিং অদুগী থম্মোয়দা অঙকপা নুংঙাইবা পোকখি। ময়াম্ অদুনা, মখুং মখুৎনা লৈমায় শোক্তুনা মহাদেববু ভক্তিগা লোয়ননা খুরম্নগা, অর্জ্জুনলোমদা য়েংদুনা "ধন্যনি-সাধু-সাধু" হায়না লাউনরকই ॥৩৫॥ অসিগী তুংদা লালগী যাত্রাগীদমক যুধিষ্ঠিরনা য়াথং পিরবদুদা, ময়াম্ অদু মপুক্লীং হরাউনা, লালগীদমক শেমশাদুনা থোক্লমকলে ॥৩৬॥ কৃষ্ণ-অর্জ্জুন-সাত্যকি অহুম্ অসিন্থু যুধিষ্ঠির মহারাজবু খুরুম্নগা, আশীর্ব্বাদ কংদুনা য়াম্না হরাউনা যুধিষ্ঠিরগী লালশঙদগী মপান্ থোরক্লে

রথেনৈকেন দুর্দ্ধর্ষৌ যুযুধানজনার্দ্দনৌ । জগ্মতুঃ সহিতৌ বীরাবর্জ্জুনস্য নিবেশনম্ ॥৩৮॥
তত্র গত্বা হৃষীকেশঃ কল্পয়ামাস সূতবৎ । রথং রথবরস্যাজৌ বানরর্ষভলক্ষণম্ ॥৩৯॥
স মেঘসমনির্ঘোষস্তপ্তকাঞ্চনসুপ্রভঃ । বভৌ রথবরঃ কৃপ্তঃ শিশুদিবসকৃদ্‌যথা ॥৪০॥
ততঃ পুরুষশার্দ্দূলঃ সজ্জং সজ্জপুরঃসরঃ । কৃতাহ্নিকায় পার্থায় ন্যবেদয়ত তং রথম্ ॥৪১॥
তন্তু লোকবরঃ শ্রীমান্ কিরীটী হেমবর্ম্মভৃৎ । চাপবাণধরো বাহং প্রদক্ষিণমবর্ত্তত ॥৪২॥
ততো বিদ্যাবয়োবৃদ্ধৈঃ ক্রিয়াবদ্ভির্জিতেন্দ্রিয়ৈঃ । স্তূয়মানো জয়াশীর্ভিরারুরোহ মহারথম্ ॥৪৩॥
জৈত্রৈঃ সাংগ্রামিকৈর্ম্মন্ত্রৈঃ পূর্ব্বমেব রথোত্তমম্ । অভিমন্ত্রিতমর্চ্চিষ্মানুদয়ং ভাস্করো যথা ॥৪৪॥
স রথে রথিনাং শ্রেষ্ঠঃ কাঞ্চনে কাঞ্চনাবৃতঃ । বিবভৌ বিমলোঽর্চ্চিষ্মান্ মেরাবিব দিবাকরঃ ॥৪৫॥
অন্বারুরুহতুঃ পার্থং যুযুধানজনার্দ্দনৌ । শর্য্যাতের্যজ্ঞমায়ান্তং যথেন্দ্রং দেবমশ্বিনৌ ॥৪৬॥

---

॥৩৭॥ অদুগী তুংদা কৃষ্ণ সাত্যকি অনীসু অর্জ্জুনগা রথ অমতদা তোংমিন্নদুনা, অদুম্মক অর্জ্জুনগী লালশং তান্না লাকই ॥৩৮॥ অর্জ্জুননা তৌগদবা, অয়ুকী নিত্যকর্ম্ম পুম্বা লোইরবদা, কৃষ্ণসু হনুমান্‌গী মূর্ত্তি য়েকপা কিরান্না লৈতেংবা রথ অদু শেমশাবা লোইখি ॥৩৯॥ নোংগী মতৌগুম্না লুম্না ছোৌনা শুংলবা, ফুদোংলবা সনামক্তনা শাবনা থোইদোক্না তগুপ, তরেংনা কঞ্জবরা রথ, নোংপোকথংবা অত্তিয়াদা নোনা হাইদোরকপা সুমিংকী মতৌগুম্না থোইদোক্ল নীঙথিজখি ॥৪০॥ অদুগী তুংদা লালগী দমক্ শেম্-শাবদা, খ্বাইদগী অথোইবা কৃষ্ণনা, নোংমগী তৌগদবা নিত্য-কর্ম্ম পুম্বা লোইদুনা লৈরবা অর্জ্জুনগী মকম্‌দা লাক্তুনা—"রথ শেম্-শাব লোইরে"—হায়না তম্মরে ॥৪১॥ অদুগী তুংদা, অকন্‌বগী খুদম্ পুম্বনা তিন্নবা, লুহূপ নীঙথিজনা উপ্পবা স্না হৎপা লাল ফুরিৎ শেৎলবা, মনম্‌দা তেন্দোং পোরবা, মখুত্ত লীরুং পায়রবা অর্জ্জুন অসি লাক্তুনা রথ অদুম্ন য়েৎলোইননা কোয়রে ॥৪২॥ অদুগী তুংদা মহৈদা, চহীদা, অহল ওইরবা, অকবা কর্ম্মত তৌরবা,—ইন্দ্রিয় খুদুম্ চল্লবা, মীশিংনা ঈকোয় কোয়না আশীর্ব্বাদ তৌরম্বা তুংদা অর্জ্জুননা চাউরবা রথ অদুগী মথক্ত কাখৎখি ॥৪৩॥ রথ অদু অহান্‌বদা লালগী থুংগু থুংলায়তনা থম্না হাপপ্রবনি, লালগী বিধি নিয়ম কায়দনা মন্ত্র শোন্দুনা শেংদোকপ্রবনি। অসিগুম্বা রথ অদুগী মথক্তা, সুমিংনা উদয়াচলগী চীঙদোন্দা হাইগৎলকপগুম্ অর্জ্জুননা কাখৎখি মতম্ অদুদা থোরকপদা ঙায়রিবা সুমিংকী মতৌগুম্না অর্জ্জুন অসি মশেক্ মঙাম্না পূমথল থম্লি ॥৪৪॥ মক্ত্রবা লংলবা সুমিংনা সুমেরু চীঙদোন্দা ঈরং-লংনা হায়গৎলকপগুম্ সনাতনা শাবগুম্বা লালফুরিৎ লীৎপা, রথী অথোইবা অর্জ্জুননা সনাতনা পূম্‌দ্বে ওইনা শারবা "রথ অদুগী মথক্তা মশেক্ মঙালগা লোয়ননা থোইদোক্না নীঙথিজখি ॥৪৫॥ শর্য্যাতি নিংথৌগী যজ্ঞদা লাকপা মতম্‌দা অশ্বিনীকুমার অনীনা ইন্দ্রগা লোয়ননা রথ অমত্তদা তোংমিন্নদুনা লাকপগুম্না কৃষ্ণ সত্যকি অনীনা অর্জ্জুনগা

অথ জগ্রাহ গোবিন্দো রশ্মীন্ রশ্মিবতাং বরঃ। মাতলির্ব্বাসবস্যেব বৃত্রং হন্তুং প্রযাস্যতঃ ॥৪৭॥
স তাভ্যাং সহিতঃ পার্থো রথপ্রবরমাস্থিতঃ। সহিতো বুধশুক্রাভ্যাং তমো নিঘ্নন্ যথা শশী ॥৪৮॥
সৈন্ধবস্য বধং প্রেপ্সুঃ প্রয়াতঃ শত্রুপূগহা। সহাম্বুপতিমিত্রাভ্যাং যথেন্দ্রস্তারকাময়ে ॥৪৯॥
ততো বাদিত্রঘোষৈশ্চ মঙ্গল্যৈশ্চ স্তবৈঃ শুভৈঃ। প্রয়ান্তমর্জ্জুনং সূতা মাগধাশ্চৈব তুষ্টুবুঃ ॥৫০॥
সজয়াশীঃ সপুণ্যাহঃ সূতমাগধনিস্বনঃ। যুক্তো বাদিত্রঘোষেণ তেষাং রতিকরোঽভবৎ ॥৫১॥
তমনুপ্রবণো বায়ুঃ পুণ্যগন্ধবহঃ শিবঃ। ববৌ সংহর্ষয়ন্ পার্থং দ্বিষতশ্চাপি শোষয়ন্ ॥৫২॥
ততস্তস্মিন্ ক্ষণে রাজন্। বিবিধানি শুভানি চ। প্রাদুরাসন্ নিমিত্তানি বিজয়ায় বহূনি চ।
পাণ্ডবানাং ত্বদীয়ানাং বিপরীতানি মারিষ। ॥৫৩॥
দৃষ্ট্বার্জ্জুনো নিমিত্তানি বিজয়স্য প্রদক্ষিণম্। যুযুধানং মহেষ্বাসমিদং বচনমব্রবীৎ ॥৫৪॥
যুযুধানাদ্য যুদ্ধে মে দৃশ্যতে বিজয়ো ধ্রুবঃ। তথাহীমানি লিঙ্গানি দৃশ্যন্তে শিনিপুঙ্গব। ॥৫৫॥
সোঽহং তত্র গমিষ্যামি যত্র সৈন্ধবকো নৃপঃ। দিযাসুর্যমলোকায় মম বীর্য্যং প্রতীক্ষতে ॥৫৬॥

---

লোয়ননা রথচুদা তোংখৎখি ॥৪৬॥ বৃত্রাসুর হাৎপগী লাঞ্জাওদ। রণযাত্রা তৌরক্লবা ইন্দ্রগী রথগী শগোল্ চুপ্পীবু মাতলিনা চেৎনা পায়খৎপত্নগুম্না তেজ লৈবগী মনুংদা অথোইবা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী রথগী শগোল্ চুপ্পী অদু থুত্নম্ চেৎনা পায়খৎখি ॥৪৭॥ অমম্ব পূম্বা মাওহনবা চন্দ্রমানা বুধশুক্র অনীগা লোয়ননা রাশি অমতদা লৈমিন্নবদুগুম্না অর্জ্জুননা কৃষ্ণ সাত্যকিগা লোয়নন। রথ অমতদা ওাম্মোইখি ॥৪৮॥ অদুগী তুংদা ঈন্দ্রনা মিত্রবরুণ অনীগা লোয়ননা তাড়কাসুরবু হাৎকে হায়বগী-দমক্ যাত্রা তৌরক্পদুগুম্না জয়দ্রথবু হাৎলগে হায়বগী দমক্, য়েক্লব হাৎওম্বা অর্জ্জুননা কৃষ্ণ সাত্যকি অনীগা লোয়ননা লালগী যাত্রা তৌথোরক্‌ই ॥৪৯॥ চথোরক্পা মতম্ অদুদা পুং-শেল যন্ত্র য়ৈবথোংব শক্‌পশিংনা নীওথিজরবা যন্ত্রশিংগী মখোন্না অদুগা সুতমাগধ চারণশিংগী মঙ্গলগী মশক ওইরবা লৈশি-লৈথোল শৈশক্না অর্জ্জুনবু থোইনা পেলহন্‌খি ॥৫০॥ জয়কারগী খোঞ্জেল্না ময়ামগী আশীর্ব্বাদনা, পুং-শেলযন্ত্র ময়ামগী মখোন্না অদুগা সুতমাগধশিংগী লৈশি-লৈথোন্‌বগী খোঞ্জেল্না কৃষ্ণ অর্জ্জুন সাত্যকি অহুম্গী থম্মোয়দা লাল য়াম্না শোক্লনীঙ্‌বগী রাথল্ হেন্ন হেন্না পোক্‌হন্‌খি ॥৫১॥ মতম্ অদুদা মনম সুংশিরবা, তুংইম্না লাক্লবা সুংশিৎনা অর্জ্জুনগী হকচাংদা সুংওাইবা গকারাম্বা পোকহন্দুনা, য়েক্লবশিংগী থম্মোয়বুদি কংশিল হন্‌বগুম্ শীৎলকই ॥৫২॥ ঈকায় থুম্নবগী মশক ওইরবা নিংথৌ। মতম্‌দুমক্তদা পাণ্ডবপক্ষগী মঙ্গল ওইগদৌবা, অদুগা কৌরব পক্ষগীদি অমঙ্গল ওইগদবা মায়থীবা কংগদৌবগী অক-কত্তগী থুদম্ মক্তা উবা কংখি ॥৫৩॥ জয় ওইগদৌবা লক্ষণমক্ত উরবদুদা মখারোমদা ওন্দুনা কম্নবা সাত্যকিগী মথম্‌দা অর্জ্জুননা অসুম্না হায়খি—॥৫৪॥ "শিনিবংশগী অথোইবা, অকনবা! ঙসিদি ঐখোয়না লান্দা জয় শোয়দনা ওইগনি হায়না নীঙলে। মরম্‌দি করকরবা মঙ্গল ওইগদৌবা থুদম্‌মক্তা উয়ে ॥৫৫॥ অদুনা কত্রবা জয়দ্রথনা

যথা পরমকং কৃত্যং সৈন্ধবস্ত বধো মম। তথৈব সুমহৎ কৃত্যং ধর্ম্মরাজস্ত রক্ষণম্ ॥৫৭॥
স ত্বমস্ত মহাবাহো! রাজানং পরিপালয়।। যথৈব হি ময়া গুপ্তস্বয়া গুপ্তো ভবেত্তথা ॥৫৮॥
নহি পশ্যামি তং লোকে যস্তাং যুধি পরাজয়েৎ। বাসুদেবসমং সংখ্যে স্বয়মপ্যমরেশ্বরঃ ॥৫৯॥
ত্বয়ি বাহং পরাশ্বস্তঃ প্রদ্যুম্নে বা মহারথে। শক্নুয়াং সৈন্ধবং হন্তুমনপেক্ষো নরর্ষভ! ॥৬০॥
ময্যপেক্ষা ন কর্ত্তব্যা কথঞ্চিদপি সাত্বত।। রাজন্যেব পরা গুপ্তিঃ কার্য্যা সর্ব্বাত্মনা ত্বয়া ॥৬১॥
নহি যত্র মহাবাহুর্ব্বাসুদেবো ব্যবস্থিতঃ। কিঞ্চিদ্ব্যাপদ্যতে তত্র যত্রাহমপি চ ধ্রুবম্ ॥৬২॥
এবমুক্তস্তু পার্থেন সাত্যকিঃ পরবীরহা। তথেত্যুক্ত্বাগমত্তত্র যত্র রাজা যুধিষ্ঠিরঃ ॥৬৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
প্রতিজ্ঞায়ামর্জ্জুনবাক্যে ত্রিসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

যমালয়দা চৎকদবগী হৌ হৌচোংত্রন। ঐবু ভাইহনা লৈরিবা অসিগী মায়গৈদা ঐ চত্তশিনগে ॥৫৬॥ ত সদি জয়দ্রথপু হাৎপনা ঐগী অথোইবা ঈথৌ ওইবত্রুগুম্‌, য়াম্মুং মহারাজপু কল্লবা হোৎনবস্তু ঐগী অথোইবা ঈথোনি ॥৫৭॥ অত্রনা, অকনবা! নহাক্না ধর্ম্মরাজ য়াম্মুংবু ভাকশেন্দুনা লৈকৌ। মরম্‌দি য়াম্মুংনা ঐনা কনব ভাকপা হৌনবত্রুগুম্। নহাক্নু ঐগী ঈত্তৎশিন্দুনা য়াম্মুং নিংথৌ যুধিষ্ঠিরবু ভাকশেনগদবনি ॥৫৮॥ জগৎ অসিদা, হৌজিক্কী, নহাক্না অকনবগু পাক হেক জয় তৌগদবা মীশকসি, অর্জ্জুন ঐ উঠ্রে। মরম্‌দী, অকনবা নহাক অসে লান্দাদ কৃষ্ণমকা পাংথক্তি। ইন্দ্রমকসু নহাকপু তরাই-তরাইনা জয় তৌবা ঙম্মোই ॥৫৯॥ নিপা অথোইবা! নহাক্কী নথকতা নত্রগা প্রদ্যুম্ন মথকতা য়াম্মুং নিংথৌবু ভাকননবগী ভার পূম্বা শিন্নরগা, য়াম্মুংগী মরম্‌দা অমুক চিংনবা তৌদনা, খুয়া তুশিৎনা, ঐ জয়দ্রথগা থেংনরুগে ॥৬০॥ সাত্তবংশদা পোক্লবা! নহাক ঐগীদমক খক খল্লুনু। নচাক ওসি য়াম্মুং মহারাজবু চেংকশিন্না ভাকশেন্দুনা লৈরম্মু ॥৬১॥ "মরম্‌দি, ঐসু কৃষ্ণসু লৈররোইদৌবা মকম্ অদুদা খুদোংচীবা থোক্লোই হায়বা খক লৈতে। থোকপা য়াই" ॥৬২॥ অর্জ্জুনগী রা অসি তাবদা সাত্যকিনা—"হৈ, মাত্রমক তৌজনি"—হায়ত্রনা যুধিষ্ঠিরনা লৈরিবা মকম্ অদু তাম্না প্রপ্রপ চৎখি ॥৬৩॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা প্রতিজ্ঞাগী মতুংদা অর্জ্জুন বাক্যগী হুম্ফু তরাহুমদোইগুবা অধ্যায় লোইয়ে ॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## চতুঃসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ

### হুক্ষ্,তরামরিশুবা অধ্যায়

( "জয়দ্রথবধ" হৌবা মতাং )

—————:*:—————

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ ।

খো ভুক্তে কিমকুর্ব্বংস্তে দুঃখশোকসমন্বিতাঃ । অভিমন্যৌ হতে তত্র কে বাযুধ্যন্ত মামকাঃ ॥১॥

জানন্তস্তস্য কর্ম্মাণি কুরবঃ সব্যসাচিনঃ । কথং তৎ কিল্বিষং কৃত্বা নির্ভযা ব্রূহি মামকাঃ ॥২॥

পুত্রশোকাভিসন্তপ্তং ক্রুদ্ধং মৃত্যুমিবান্তকম্ । আয়ান্তং পুরুষব্যাঘ্রং কথং দদৃশুরাহবে ॥৩॥

কপিরাজধ্বজং সংখ্যে বিধুন্বানং মহদ্ধনুঃ । দৃষ্ট্বা পুত্রপরিদ্যূনং কিমকুর্ব্বত মামকাঃ ॥৪॥

কিন্নু, সঞ্জয় । সংগ্রামে বৃত্তং দুর্য্যোধনং প্রতি । পরিদেবো মহানত্র শ্রুতো মে নাভিনন্দনম্ ॥৫॥

বভূবুর্যে মনোগ্রাহ্যাঃ শব্দাঃ শ্রুতিসুখাবহাঃ । ন শ্রূয়ন্তেঽদ্য তে সর্ব্বে সৈন্ধবস্য নিবেশনে ॥৬॥

স্তুবতাং নাদ্য শ্রূয়ন্তে পুত্রাণাং শিবিরে মম । সূতমাগধসংঘানাং নর্ত্তকানাঞ্চ সর্বশঃ ॥৭॥

শব্দেন নাদিতাভীক্ষ্ণমভবদ্‌যত্র মে শ্রুতিঃ । দীনানামদ্য তং শব্দং ন শৃণোমি সমীরিতম্ ॥৮॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায় :— সঞ্জয় ! অহিং অদু লেল্লবদা, নোং ঙাল্লবদা, মচা হাংখিবগী সুংঙাইত্রবা পাণ্ডবশিংনা করি করি তৌখবগে ? অভিমন্যু হাৎত্রবা তুং অসিদা ঐগী ঈচাশিংগী পক্ষগী অকন্‌বা কনা কনানা লাম্বেংনখিবগে ? ॥১॥ অর্জ্জুনগী মগুণ খঙলবা কৌরবশিংনা পাপকী থবক অদু তৌরগা করিগী নীঙঙায়দনা লৈরিবনো ? ॥২॥ মচা তাৎখিবগী সুংঙাইতবা অশাউবনা থম্মোয় পুবা য়াত্রবা অর্জ্জুননা যমরাজগী মতৌগুম্না চঙশিল্লক্লবদা ঐগী পক্ষগী অকন্‌বা কনা কনানা মাগী মায়োক য়াহ্নুনা, মঙোনদা হংগৎনা য়েংহুনা লৈখিবগে ? ॥৩॥ মচা কায়নবগী থম্মোয় কায়য়বা অর্জ্জুননা লীরুং থুহম্ চেৎনা পায়হুনা, মথা চীক্ত্‌না চঙশিল্লক্লবদা ঐগী পক্ষগী লাম্মীশিংনা করি করি তৌখি ? ॥৪॥ সঞ্জয় ! লালঙ্গম অদুদা দুর্য্যোধননা লৈবা মায়কৈদা করি করি খোদোক খোকখিবগে ? মাহুগী মুমিত্তা ঐনা অকপ-অয়াউগী খোঞ্জেল য়ামনা তাখি । সুংঙাইবগী খোল্লাউ অমত তাবা কংখিদে ॥৫॥ মহৌশাদি জয়দ্রথগী লালশংগী মায়কৈ-য়োমদগী হয়াও ভয়াম্বা-সুংঙাইবগী খোঞ্জেল-ইনিনমক্ত তারম্মি । অদুবু মাহুগী মুমিত্তি করিনো সুংঙাইবগী জয়ওইবগী খোল্লাউ অমত তাব কংখিদে ॥৬॥ ঈচাশিংগী লালশংলোমদগী সুংঙাইবগী পুং শেল্‌ থম্বগী মখোল্‌ অমত্ত তাখিদ্রে ॥৭॥ মাহুগী মুমিত্তা ঐগী নাকোং অসিদা সুংঙাইবগী

নিবেশনে সত্যধৃতেঃ সোমদত্তস্য সঞ্জয় ।। আসীনোঽহং পুরা তাত । শব্দমশ্রৌষমুত্তমম্ ॥১০॥
তদস্য হীনপুণ্যোঽহমার্ত্তস্বরনিনাদিতম্ । নিবেশনং হতোৎসাহং পুত্রাণাং মম লক্ষয়ে ॥১০॥
বিবিংশতের্দুর্ম্মুখস্য চিত্রসেনবিকর্ণয়োঃ । অন্যেষাঞ্চ সুতানাং মে তথা ন শ্রূয়তে ধ্বনিঃ ॥১১॥
ব্রাহ্মণাঃ ক্ষত্রিয়া বৈশ্যা যং শিষ্যাঃ পর্য্যুপাসতে । দ্রোণেঃপুত্রং মহেষ্বাসং পুত্রাণাং মে পরায়ণম্ ॥১২॥
বিতণ্ডালাপসংলাপৈর্হ্রুত্যবাদিত্রনিস্বনৈঃ । গীতৈশ্চ বিবিধৈরিষ্টৈ রমন্তে যো দিবানিশম্ ॥১৩॥
উপাস্যমানো বহুভিঃ কুরুপাণ্ডবসাত্বতৈঃ । সূত । তস্য গৃহে শব্দো নাস্য দ্রোণের্যথা পুরা ॥১৪॥
(বিশেষকম্)

দ্রোণপুত্রং মহেষ্বাসং গায়না নর্ত্তকাশ্চ যে । অত্যর্থমুপতিষ্ঠন্তি তেষাং ন শ্রূয়তে ধ্বনিঃ ॥১৫॥
বিন্দানুবিন্দয়োঃ সায়ং শিবিরে যো মহাধ্বনিঃ । শ্রূয়তে সোঽদ্য ন তথা কৈকেয়ানাঞ্চ বেশ্মসু ॥১৬॥
নিত্যং প্রমুদিতানাঞ্চ তালগীতস্বনো মহান্ । নৃত্যতাং শ্রূয়তে তাত । গণানাং সোঽদ্য ন ধ্বনিঃ ॥১৭॥
সপ্ততন্তূন্ বিতন্বানা য উপাসন্তি যাজকাঃ । সৌমদত্তিং শ্রুতনিধিং ন তেষাং শ্রূয়তে ধ্বনিঃ ১৮॥
জ্যাঘোষো ব্রহ্মঘোষশ্চ তোমরাসিরথধ্বনিঃ । দ্রোণস্যাসীদবিরতো গৃহে তং ন শৃণোম্যহম্ ॥১৯॥

হরাউ-খোঞ্জেলমক্তনা পীকৃথন্না, মনম্ মনম্ লাক্লম্বনি । অদুবু হৌজিক্তি অমত তাখিদ্রে ॥৮॥ ঈবুঙো, সঞ্জয় । মমাঙৈদা ঐহাক্, থাক্লেশেংনা তপথহৈরব', কল্লবা সোমদত্তগী য়ুম্দা লৈহুনা খোঞ্জেলশিং অসি হেক্ হেক্ তারম্বনি ॥৯॥ অদুবু সঞ্জয় ! লাইবক্ থীরবা ঐ অসিনা ঈচা-শিংগী য়ুম্ পরেং পরেংশিং অসিদগী, অরাবা-নুংঙাইতবগী অকপ্-অরাউগী খোঞ্জেল্ মঙ্গা তারি ॥১০॥ বিবিংশতি, দুর্ম্মুখ, চিত্রসেন, বিকর্ণনচিংবা অতৈ অতৈ ঈচাশিংগী ময়ুম্লোম্দগী হরাউ-নুংঙাইবগী খোঞ্জেল অমত তাব কংখিদ্রে ॥১১॥ সঞ্জয় ! ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় অমদি বৈশ্যজাতিগী শিষ্য-সেবক সথামক্তনা ঈকোয় কোয়শিল্লহুনা অদুগুম্ব দ্রোণপুত্র অশ্বত্থামা কৌবা কল্লবদুগী সেবা তৌহুনা হেক হেক লৈরম্বনি । কৌরবপাণ্ডবকী মীমক্তনা ঈকোয় কোয়শিল্লহুনা রাগী রাতাই শানরহুনা, নোক্-খেহুনা, ঈশৈগী যন্ত্রগী মখোল্তনা মাগী ময়ুম অদু পুম্নিন্ নিল্লম্বা, অদুগুম্ব অকনবা অশ্বত্থামাগী য়ুমদা হৌজিক্তি হরাও-তয়াম্বগী মখোল অমত তাবা কংখিদ্রে ॥১২—১৪॥ অশ্বত্থামাগী য়ুমদা পুং শেল যন্ত্র যৈরম্বা খোংলম্বা, ঈশৈ শক্লম্বা, জগোই শাবম্বশিং অদুগী মখোল অমত হৌজিক তাখিদ্রে ॥১৫॥ বিন্দ-অনুবিন্দগী লাল্শংদা অদুগা কেকয়শিংগী য়ুমখিবিক্তা পুং শেলগী অদুগা হরাও-নুংঙাইবগী খোঞ্জেলমকৃতা তারম্বদু তাখিদ্রে ॥১৬॥ ঈবুঙো সঞ্জয় ! মকম্ মকম্দা অহিং-নুংথিল নাইদনা কুৎক্লনা তারম্ব', ঈশৈশকপা-শকপী, জগোই শাব-শাবীশিংগী থূবাক্ থুথুহুনা শকপা-লাউবগী —মখোল অদু করিমত তাখিদ্রে বেদপাঠী যাজ্ঞিক ব্রাহ্মণশিংনা হৌরবা বেদ পাঠগী খোঞ্জেলগা লোয়ননা বিধি-চায়দনা যজ্ঞ তৌহুনা অকনবা ভূরিশ্রবাগী মঙ্গল ওইনবত হোৎন-রম্বা ব্রাহ্মণশিং অদুগী বেদ পাঠগী ধ্বনি অমত নাকোংদা লাক্‌খিদ্রে ॥১৮॥ দ্রোণগী য়ুমদা ধুমিৎচুমা,

নানাদেশসমুত্থানাং গীতানাং যোঽভবৎ স্বনঃ। বাদিত্রতাবিত্তানাঞ্চ সোঽদ্য ন শ্রূয়তে মহান্ ॥২০॥

যদাপ্রভৃত্যুপপ্লব্যাদ্ধিতমিচ্ছন্ জনার্দ্দনঃ। আগতঃ সর্ব্বভূতানামনুকম্পার্থমচ্যুতঃ ॥২১॥

ততোঽহমব্রুবং সূত। মন্দং দুর্য্যোধনং তদা। বাসুদেবেন তীর্থেন পুত্র। সংশাম্য পাণ্ডবৈঃ।

প্রাপ্তকালমহং মন্যে মা ত্বং দুর্য্যোধনাতিগাঃ ॥২২॥ (যুগ্মকম্)

শমঞ্চেদ্‌যাচমানং ত্বং প্রত্যাখ্যাস্যসি কেশবম্। হিতার্থমভিজল্পন্তং ন তবাস্তি রণে জয়ঃ ॥২৩॥

প্রত্যাচষ্ট স দাশার্হমৃষভং সর্ব্বধন্বিনাম্। অনুনেয়ানি জল্পন্তমনয়ান্নাম্বপদ্যত ॥২৪॥

ততো দুঃশাসনস্যৈব কর্ণস্য চ মতং দ্বয়োঃ। অন্ববর্ত্তত হিত্বা মাং কৃষ্টঃ কালেন দুর্ম্মতিঃ ॥২৫॥

নাহং দ্যূতমিচ্ছামি বিদুরো ন প্রশংসতি। সৈন্ধবো নেচ্ছতি দ্যূতং ভীষ্মো ন দ্যূতমিচ্ছতি ॥২৬॥

শল্যো ভূরিশ্রবাশ্চৈব পুরুমিত্রো জয়স্তথা। অশ্বত্থামা কৃপো দ্রোণো দ্যূতং নেচ্ছন্তি সঞ্জয়। ॥২৭॥

এতেষাং মতমাদায় যদি বর্ত্তেত পুত্রকঃ। সজ্ঞাতিমিত্রঃ সুসুখং চিরং জীবেদনাময়ঃ ॥২৮॥

---

লীরী হাপ্পা লীরী খীওবগী খোঞ্জেনগা অদুগা থাওতা, থেংনবগী খোঞ্জেনগা লোয়ননা বেদ পাঠগী খোঞ্জেল তত্তনা তারম্মরু, করিমত তাখিদ্রে ॥১৯॥ অসিনত্তবা অরাপ অরাপ্পা দেশদগী লাকপা লাম্নীশিং মাগী মাগী চৎনবী সুরদ শরুরকপা ঈশৈগী তৌরবা ওংলবা খোঞ্জেলশিং অদু অমতা তাবা লৈখিদ্রে ॥২০॥ সঞ্জয়! জনার্দ্দন কৃষ্ণনা জীবপান্‌বা খিবিক্তা দয়া তৌবিনীওদুনা খৎনচৈনবপুম্নমকপু শান্তাইনবিগে হায়দুনা হস্তিনাপুরগী থুন্‌যা অমদা য়ায়েন্নরুগা হস্তিনাপুরদা লাক্‌খিবা মতম্ অদুদা ঐনা ঐগী ঈচা মূর্খ দুর্য্যোধন হায়বসিদা অসুম্না তাকৃপিখিবনি— "দুর্য্যোধন! ঈপাগী ঈবুঙো! হন্দক কৃষ্ণ লাক্লিরৈসিদা কৌরব পাণ্ডব নচীম্ননাও নখোয় অমগমগা সন্ধি তৌননবা চাম্নমিন্ননবা তৌহো। হন্দক্‌ কৃষ্ণনা লাক্লিবসে, য়াম্না ফরগনি; লাইনা ঈন্‌শিল্লরুবনি। অদনা দুর্য্যোধন! হন্দকী তাঞ্জা অসে নাস্থোকৃগল্লনু"—॥২১—২২॥ "কৃষ্ণমক্ক মখোও থোংনা লাক্কুনা, পক্ক অনীমক্কী কান্ননবা রা ওাওগে লাক্লি মাসিদা নহাক্না ময়াক্রবদি, লাল তৌবা তারবস্থ নংনা জয় থক্‌ ওইরোই।" ॥২৩॥ ঐনা অসি হায়রকাওবদা সঞ্জয়! ফত্রবা, পঙলবা দুর্য্যোধননা কৃষ্ণনা হায়বদো অমত লৌখিদে। কল্লবাশিংলবা কৃষ্ণনা হায়ব তাক্‌পদুবু ফত্রবশিংগী সঙ্গদগী মাওও, হায়না মতম্‌থ্রবনিনা মহাক্না অমত লৌখিদেদো ॥২৪॥ অসিগী মথক্ত, সঞ্জয়! কাল হায়বা লাইদু চঙথ্রবনা মপা ঐনা হায়বা তাকপা কাওব অমত্তা লৌখিদদুনা ফত্রবা কর্ণ-দুঃশাসনগী মততদা চৎথ্রবা তুংইন্নথ্রবা পঙলবা দুর্য্যোধননি ॥২৫॥ চৌবর শান্নখিবদো ঐদি ঈপাম্‌ পাম্‌দবনি। অদুগা জুবার শান্নবা হায়বসিমক্তবু ঐদি শূকপাম্‌ পাম্‌দবনি। জয়দ্রথসু ভীষ্মসু কনা অমতনা পামখিদবনি ॥২৬॥ করি অমুক্‌ হায়গনি সঞ্জয়! শল্য, ভূরিশ্রবা পুরুমিত্র, জয় অশ্বত্থামা, কৃপাচার্য্য—মখোয়শিগী মনুংদা চৌবরবু কনা অমত্তনা য়ানখিদবনি ॥২৭॥ মখোয়না হায়বদুবু থজিক্লং য়ারন্নবদি শাটেগ মশেন্দা মাঙনা

শুক্লা মধুরসংভাষা জ্ঞাতিমধ্যে প্রিয়ংবদাঃ। কুলীনাঃ সংমতাঃ প্রাজ্ঞাঃ সুখং প্রাপ্স্যন্তি পাণ্ডবাঃ ॥২৯॥
ধর্ম্মাপেক্ষো নরো নিত্যং সর্ব্বত্র লভতে সুখম্। প্রেত্যভাবে চ কল্যাণং প্রসাদং প্রতিপদ্যতে ॥৩০॥
অর্হান্তে পৃথিবীং ভোক্তুং সমর্থাঃ সাধনেঽপি চ। তেষামপি সমুদ্রান্তা পিতৃপৈতামহী মহী ॥৩১॥
ন চ যাস্তিতবিষ্যন্তি হিত্বা ধর্ম্মং নৃপাত্মজাঃ। নিযুজ্যমানাঃ স্থাস্যন্তি পাণ্ডবা ধর্ম্মবর্ত্মনি ॥৩২॥
সন্তি নো জ্ঞাতয়স্তাত। যেষাং শ্রোষ্যন্তি পাণ্ডবাঃ। শল্যস্য সোমদত্তস্য ভীষ্মস্য চ মহাত্মনঃ ॥৩৩॥
দ্রোণস্য চ বিকর্ণস্য বাহ্লীকস্য কৃপস্য চ। অন্যেষাঞ্চৈব বৃদ্ধানাং ভরতানাং মহাত্মনাম্ ॥৩৪॥
যদর্থং ব্রুবতা তাত। ন তদ্বচনানি তে। কং বা ত্বং মন্যসে তেষাং যস্তান্ অন্যাদতোঽন্যথা ॥৩৫॥

( বিশেষকম্ )

কৃষ্ণো ধর্ম্মং ন সংজহ্যাৎ সর্ব্বে তে চ তদন্বয়াঃ। ময়াপি চোক্তাস্তে বীরা বচনং ধর্ম্মসংহিতম্।
নান্যথা প্রকরিষ্যন্তি ধর্ম্মাত্মানো হি পাণ্ডবাঃ ॥৩৬॥

---

তাক্লবা থৌদোক অম। থোকপিবসে, কৈদৌউদসু থোকলম্মোইদৌবনি। মতম্ কুইনা মচীম্মনাও-শিংসে সুংঙাইনা চান্নবা লৈমিন্নগুনা হিংলমগদবনিদে। ॥২৮॥ ঐখোয়গী শাগে অসিদা ঈনাও পাতুনা পোক্লম্বা পাণ্ডবশিংসে মতম্ লৈবখিবিক্তা থৌজাল হৈবা অচুম্বত চৎপা, রাজাং খোন্দা থোৎপা–নুংশিবমক্তনি। মখোয়বু মী পুন্নমক্তা ঈনুংত নুংশি। অচুমক্তনা মখোয়না জয় ওইগ-দৌরিবনি ॥২৯॥ ধর্ম্ম কায়দবগী পাম্বৈতনা তাইবং মী হায়বসিনা নুংঙাই য়াইকনা পান্নরিবনি। মখোয়গুনা হয়েংসুক্তী মপোক্তসু মঙ্গল ওইবা অমদি পুণ্যচেল্লবা লোক অচুম্ মফংঙ্ই ॥৩০॥ অদুগা, খ্বাইগী মথক্ত, পাণ্ডবশিংসে পৃথিবীসিবু শাসন তৌবদা মতীক্ চারবনি ঙমসু ঙমগনি। অদুগা ভারত খণ্ড হায়গুনা লৈরিবা সমুদ্র কাওবা শন্দোক্ত্না লৈপ্লিবা লমখৈ মপা মপুগীমক্তনি ॥৩১॥ অদুগা সঞ্জয়। ঐনা দুর্য্যোধনদা অসিমসু হায়খিবনি—"দুর্য্যোধন! পাণ্ডবশিংসিনা মরৈপাক্ কংগ্রবসু মখোয়না নহাক্পু থীনা খক্ তৌরোই। নিংথৌ মচাশিংসিনা ধর্ম্ম কায়না খক চৎলক্লোই, লৈপাক্কী শাসন পুম্বা ঐখোয়না [illegible] লৈরবসু-মখোয়দি অচুমক্, ধর্ম্মগী লীক্লম কায়দনা লৈগনি" ॥৩২॥ "ঈবুঙো! দুর্য্যোধন! নহাক্ তাব তাউ। ঐখোয়রোমগী শাগেগী হেক্ লৈরিব অহল্লমনশিংসিনা হায়বদো. পাণ্ডুগী মচাশিংসিনা খক্ য়াদবা তৌরোই। অদুগা ঈবুঙো! শল্য সোমদত্ত, মহাত্মা ওইরবা ভীষ্ম, দ্রোণ, বিকর্ণ বাহ্লীক, কৃপ, মখোয়সিনা নহাক্কী ফননবত্ত শীল্লকপদা পাণ্ডবশিংনা মাত্তুদা কম্বিমত্ত ঙাওত্র-য়োইদৌবনি। ঙাওসু ঙাওত্রে। অদুগা হায়রিবা মীশকশিং অসিগী মসুংদা কনানো নংগী কান্নবা নত্তনা পাণ্ডবশিংগী মকম্দা অতৈ অমা ঙাওগদবসে" ॥৩৩–৩৫॥ কৃষ্ণনা ধর্ম্ম খক্ কারগদবা নত্তে। মহাক্কী বংশদা পোকপা অহল্লমনশিংনা ধর্ম্ম কায়রক্লিবনি। অদুগা ঐনসু ধর্ম্ম কায়দনা তাকপা মতম্দা পাণ্ডুগী মচাশিংনা খক য়াদবা তৌরোই। মরমুদি পাণ্ডবশিংসে

ইত্যহং বিলপন্ সূত । বহুশঃ পুত্রমুক্তবান্ । ন চ মে শ্রুতবান্ মূঢ়ো মন্যে কালস্য পর্য্যয়াৎ ॥৩৭॥
বৃকোদরার্জ্জুনৌ যত্র বৃষ্ণিবীরশ্চ সাত্যকিঃ । উত্তমৌজাশ্চ পাঞ্চাল্যো যুধামন্যুশ্চ দুর্জ্জয়ঃ ॥৩৮॥
ধৃষ্টদ্যুম্নশ্চ দুর্দ্ধর্ষঃ শিখণ্ডী চাপরাজিতঃ । অশ্মকাঃ কেকয়াশ্চৈব ক্ষত্রধর্ম্মা চ সৌমকিঃ ॥৩৯॥
চৈদ্যশ্চ চেকিতানশ্চ পুত্রঃ কাশ্যস্য বা বিভুঃ । দ্রৌপদেয়া বিরাটশ্চ দ্রুপদশ্চ মহারথঃ ॥৪০॥
যমৌ চ পুরুষব্যাঘ্রৌ মন্ত্রী চ মধুসূদনঃ । ক এতান্ জাতু যুধ্যেত লোকেঽস্মিন্ বৈ জিজীবিষুঃ ॥৪১॥

(কলাপকম্)

দিব্যমস্ত্রং বিকুর্ব্বাণান্ কে সহেরন্নরিন্দমান্ । অন্যো দুর্য্যোধনাৎ কর্ণাচ্ছকুনেশ্চাপি সৌবলাৎ ।
দুঃশাসনচতুর্থানাং নান্যং পশ্যামি পঞ্চমম্ ॥৪২॥

যেষাঞ্চাভীষুহস্তঃ স্যাদ্বিষ্বক্‌সেনো মহাবলঃ । সন্নদ্ধশ্চার্জ্জুনো যোদ্ধা তেষাং নাস্তি পরাজয়ঃ ॥৪৩॥
তেষাং মম বিলাপানাং নহি দুর্য্যোধনঃ স্মরেৎ । হতৌ হি পুরুষব্যাঘ্রৌ ভীষ্মদ্রোণৌ ত্বয়াথ মে ॥৪৪॥
তেষাং বিদুরবাক্যানামুক্তানাং দীর্ঘদর্শিনাৎ । দৃষ্ট্বেমাং ফলনিষ্পত্তিং মন্যে শোচন্তি পুত্রকাঃ ॥৪৫॥

---

ধর্ম্ম খণ্ডবা, ধর্ম্ম চেননমক্কনি ॥৩৬॥ সঞ্জয় । অসুম্ তৌহনা ঐনা কপ্পুনা ফাও, কত্রবা দুর্য্যোধনদা কয়া ভাওশকত্রবনি । ঐনা অসুম্ খনবদা কাল কৌবা লাইহু চঙখিহুন', মূর্খ ওইরবা দুর্য্যোধন হায়বা অসিনা অমতা তাখত্রবনি ॥৩৭॥ অদুগা নেও সঞ্জয় ! লাণকম্ অসিদা, ভীম, অর্জ্জুন, বৃষ্ণিবংশগী সাত্যকি, পাঞ্চাল দেশগী উত্তমৌজ, পাক্ ওন্ফত্রবা যুধামন্যু, লাকওমকাওমত্রবা ধৃষ্টদ্যুম্ন, কনাগুম্বগী মথুক্তা মায়থীবা ফংদ্রবা শিখণ্ডী, অশ্মকাশং কেকয় ময়াম্, সোমকগী মচা, ক্ষত্রধর্ম্মা, চেদি নিংথৌ ধৃষ্টকেতু, চেকিতান, কাশী নিংথৌগী মচা বিভূ, দ্রৌপদী মচাশিং, বিরাট, মহারথী দ্রুপদ, নিপা অথোইবা নকুল সহদেব হানবিনশিংসিনা য়াওরিবা অসিগী মথক্তা কৃষ্ণগুম্বা মীশক্তা মন্ত্রনা পীরিবা, অহগুম্বা পক্ষ্য জগৎ অসিদা কনানা মায়থীনা পীবা ওম্গদগে ? ॥৩৮—৪১॥

য়েক্কবদু নৈহংপা ওম্বা অকনবশিংসিনা লাইগী তেলগুম্বা ভাক্তা কাপশিল্ থাজিল্লক্লবদা, কনানো মথোয়গী মমাওদা খাওহুনা লৈগদবা ! দুর্য্যোধন, কর্ণ, সুবলগী মচা শকুনি, অদুগা দুঃশাসন মরি অসি নত্তনা মঙাশুবা কনাগুম্বা অমত ঐনা ঐখোয়গী পক্কদা উত্রি ॥৪২॥ কৃষ্ণনা শগোল চুপ্পী পায়হুনা সারথি ওইবা, অর্জ্জুননা মহুদা মহারথী ওইহুনা লৈরিবা অদুগুম্বা মায়কৈনা পরাজয় থক্ ফংবা হোনদে ॥৪৩॥ সঞ্জয় । দুর্য্যোধননা হৌজিক্ কাওবা ঐনা কপ্পুনা হায়থিবহু নীওশিংত্রি । অদুগা নংনসু—নিপা অথোইবা ভীষ্মগা দ্রোণগা অনী অসি নোংগাথে হায়নসু ত্তত্রে ॥৪৪॥ মরম্ অহুনা, থোক্লগদবা মাওজোননা উগন খণ্ডগন্বা বিদুরনা হায়খিবহুগী মতুং ইন্না মহৈশিং অসে দুর্য্যোধননা ফংলরবনি । পঙলবা ঈচাশিংসিগী অরাবা

সেনাং দৃষ্ট্বাভিভূতাং মে শৈনেয়েনার্জ্জুনেন চ । শূন্যান্ দৃষ্ট্বা রথোপস্থান্ মন্যে শোচন্তি পুত্রকাঃ ॥৪৬॥
হিমাত্যয়ে যথা কক্ষং শুষ্কং বাতেরিতো মহান্ । অগ্নির্দহেত্তথা সেনাং মামিকাং স ধনঞ্জয় ।
আচক্ষ্ব মম তৎ সর্ব্বং কুশলো হ্যসি সঞ্জয় ! ॥৪৭॥
যদাপযাতাঃ সায়াহ্নে কৃত্বা পার্থস্য কিল্বিষম্ । অভিমন্যৌ হতে তাত ! কথমাসীন্মনো হি বঃ ॥৪৮॥
ন জাতু তস্য কর্ম্মাণি যুধি গাণ্ডীবধন্বনঃ । অপকৃত্য মহত্তাত ! সোঢ়ুং শক্ষ্যন্তি মামকাঃ ॥৪৯॥
কিন্নু দুর্য্যোধনঃ কৃত্যং কর্ণঃ কৃত্যং কিমব্রবীৎ । দুঃশাসনঃ সৌবলশ্চ তেষামেবং গতে হ্যপি ॥৫০॥
সর্ব্বেষাং সমবেতানাং পুত্রাণাং মম সঞ্জয় ! । যদ্বৃত্তং তাত ! সংগ্রামে মন্দস্যাপনয়ৈর্ভৃশম্ ॥৫১॥
লোভানুগস্য দুর্বুদ্ধেঃ ক্রোধেন বিকৃতাত্মনঃ । রাজ্যকামস্য মূঢ়স্য রাগোপহতচেতসঃ ।
দুর্নীতং বা সুনীতং বা তন্মমাচক্ষ্ব সঞ্জয় ! ॥৫২॥ ( যুগ্মকম্ )
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে ধৃতরাষ্ট্রানুতাপে চতুঃসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

কংলল্লিবনি ॥৪৫॥ ঐনা অস্নুম্ থনুবদা, অর্জ্জুনগা সাত্যকিগা অনীনা ঐগী লান্মী তেন্দোল পুম্বা মায়থীবা পীগ্রমাল্লে। মাদু উবদা ঐগী ঈচাশিংনা গুমথৈ লৈতনা রান্নী ॥৪৬॥ ওস্নোকপনি ! সঞ্জয় ! বসন্তগী মতম্দা চাক্লকপা, নুংশিৎনা হুম্জিল্লক্লবা লৈশ্নেনা বনগী অকংবা নাপী শীতবী-শিংবু চাক্থেক্পহুগুয়া অর্জ্জুননা ঐগী লান্মী মপৈবু চাকথেকথ্রে। কয়েত্রমত্তায়বে, রান্নী লীবা হৈবা সঞ্জয় ! মথা লীপৌ, অমত চীথদনা তম্মু ॥৪৭॥ ঈবুঙো সঞ্জয় ! নুমিদাংবাই য়োরক্লবদা, অর্জ্জুনগী মকম্দা থোইদোক্ল অরাবা পোক্লনীতায় ওইরবা ধর্ম্ম কায়না অভিমন্যুবু হাৎখিবগী থোদোক অহুগী তুংদা নথোয় পুন্নমক্লা লালশংদা হক্তিল্লকপা মতম্দা নথোয়গী নপুক্নী'হু কমদৌখি ? ॥৪৮॥ ঈবুঙো সঞ্জয় ! ঐগী পক্ষগী অকনবশিংনা অর্জ্জুনগী মকম্দা য়াম্ম থীনা লাল্লম্বনা হৌজিক্ মথোয়না অর্জ্জুনগী মথুত্তগী থক্ নাম্হোকপা ওম্মরোই ॥৪৯॥ [illegible] অসিদা দুর্য্যোধন, কর্ণ, দুঃশাসন শকুনি মথোয় অসিনা মথা কন্নি অমর্মুক্ তৌগে থল্লি ? ॥৫০॥ ঈবুঙো, সঞ্জয় ঐগী কত্রবা ঈচা, প্রপঙবা দুর্য্যোধনগী কত্রবা চক্রীদগী অহুক্ য়াম্বা ঐচা ঈশু শাগৈনাতৈশিং অসিগী অরাবা থুদোং থীবা ওইরবনি। মীগী মরল্ পাম্বা, মবুদ্ধি লৈত্তবা, শাউগনবা, পাথৎকনুবা, লৈপাক পাম্বনা অককত্ত থঙত্রবা দুর্য্যোধন অহুগী অকবা রাথম্না ওইরবসু কত্রবা রাথম্না ওইরবসু মগাক্লা হেক তৌখিবা পুম্বা লোইনা লীথমকউ ॥৫১—৫২॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকালশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা ধৃষ্টরাষ্ট্রানুতাপ"কী হুক্‌তরামম্রিতবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## পঞ্চসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ।

### হুন্দ্কূতরামঙাশুবা অধ্যায়

( কৌরব তেঙ্গোল্লোম্দা ব্যূহ শাগৎলকপা )

——:(০):——

সঞ্জয় উবাচ।

হন্ত তেঽহং প্রবক্ষ্যামি সর্ব্বং প্রত্যক্ষদর্শিবান্। শুশ্রূষস্ব স্থিরো ভূত্বা তব হ্যপনয়ো মহান্ ॥১॥
গতোদকে সেতুবন্ধো যাদৃক্ তাদৃগয়ং তব। বিলাপো নিষ্ফলো রাজন্! মা শুচো ভরতর্ষভ! ॥২॥
অনতিক্রমণীয়োঽয়ং কৃতান্তস্যাদ্ভুতো বিধিঃ। মা শুচো ভরতশ্রেষ্ঠ! দিষ্টমেতৎ পুরাতনম্ ॥৩॥
যদি হি ত্বং পুরা দ্যূতাৎ কুন্তীপুত্রং যুধিষ্ঠিরম্। অবারয়িষ্যঃ পুত্রাংশ্চ নাভবিষ্যজ্জনক্ষয়ঃ ॥৪॥
যুদ্ধকালে পুনঃ প্রাপ্তে তদৈব ভবতা যদি। নিবর্ত্তিতাঃ সুতাঃ সংবদ্ধা ন ত্বাং ব্যসনমাব্রজেৎ ॥৫॥
দুর্য্যোধনমিমঞ্চাপি নশ্লীতেতী পুরা যদি। কুরূনচোদয়িষ্যস্ত্বং ন ত্বাং ব্যসনমাব্রজেৎ ॥৬॥
ততে বুদ্ধিব্যভীচারমুপলপ্স্যান্তি পাণ্ডবাঃ। পাঞ্চালা বৃষ্ণয়শ্চৈব যে চান্যেঽপি জনাধিপাঃ ॥৭॥

---

**সঞ্জয়না হায় :—** মহারাজ! থোদোক্ পুম্বা ঐনা ঈমীৎমক্লা উথি। অতুনা, মহারাজগী মক্মদা তম্জগদৌরিবশিং আস অচুম্বমক্তনি, পুক্নীং চঙনা তাবিরো। তৌবগিদি থোক্‌খ্রিবা পুম্বসি মহারাজগী কত্রবা নীতিদগীনি ॥১॥ ভরত শাগেগী অপোইবা! ঈশিং চাউরিভৈদদি থোং শাহোজ্রগা, ঈশিং হম্বপ্রব তুংদা তুরেল্ লানবা তম্দে হায়দুনা থোং শাবগুম্না মহারাজনা হৌজিক্ক কপ্পি-লাউবিরিবদা, অনুতাপ তৌবিরিবসিগী মহৈ—কান্নবা কারিস্থ লৈতে। অতুনা, হৌজিক্ রাহুনা কান্নজ্রে ॥২॥ মহারাজ! লাইনা তম্থিবা হায়বসিস্থ তাইবং মীনা লাম্বোক্পা-কক্থৎপা হেক্ ওম্ব নত্তে। অতুনা রাবিরনু থাঙ্গশেংবা মরুদি, অসুম্ থোক্উ হায়তুনা লাইনা ( বিধিনা ) তম্থিবা অতুননি ॥৩॥ মাহুগী প্রমাণ হায়ববু—মমাঙৈদা চৌবর শান্নখবা মতম্দা, মহারাজনা যুধিষ্ঠিরবু অহুগা দুর্য্যোধনচিংবরু নিংথিনা খাম্জিনবিরম্ববদি—অসি কদাইদগী থোক্লমগদগে ? মহাসর্ব্বনাশ অসি থক্ থোক্লম্মোইদবনি। ॥৪॥ লাল্ শোক্লনবগী থৌরাং তৌনরক্লবা মতম্ অহুদা, মহারাজনা চোংথোক্কুনা খাম্জিন্‌বিরম্ববদি, অসুক্ য়াম্ন অরাবা খুদোংথিবসে থোক্লম্-মোইদৌবনি ॥৫॥ মমাঙৈদা মহারাজনা "দুর্য্যোধন অসিবু কাজিন্দুনা থম্মু" হায়বসিত তাক্পিরম্বরস্থ অরাবা খুদোংথীবসে থোক্লম্মোইদৌবনি ॥৬॥ মরম্ অদুনা পাণ্ডবশিং, পাঞ্চালশিং, বৃষ্ণিবংশগী

স কৃত্বা পিতৃকর্ম ত্বং পুত্রং সংস্থাপ্য সৎপথে। বর্ত্তেথা যদি ধর্মেণ ন ত্বাং ব্যসনমাব্রজেৎ ॥৮॥
ত্বন্তু প্রাজ্ঞতমো লোকে হিত্বা ধর্ম্মং সনাতনম্। দুর্য্যোধনস্য কর্ণস্য শকুনেশ্চানুগো মতম্ ॥৯॥
তত্তে বিলপিতং সর্ব্বং ময়া রাজন্। নিশামিতম্। অন্নে নিবিশমানস্য বিষমিশ্রং যথা মধু ॥১০॥
নামন্যত তথা কৃষ্ণো রাজানং পাণ্ডবং পুরা। ন ভীষ্মং নৈব চ দ্রোণং যথা ত্বামচ্যুতঃ ॥১১॥
অজানীত যদা চ ত্বাং রাজধর্ম্মাদধশ্চ্যুতম্। তদা প্রভৃতি কৃষ্ণস্ত্বাং ন তথা বহু মন্যতে ॥১২॥
পরুষাণ্যুচ্যমানাংশ্চ যদা পার্থানুপেক্ষসে। তস্যানুবন্ধঃ প্রাপ্তস্ত্বাং পুত্রাণাং রাজ্যকামুক! ॥১৩॥
পিতৃপৈতামহং রাজ্যমপবৃত্তং তবানঘ।। অথ পার্থৈর্জিতাং কৃৎস্নাং পৃথিবীং প্রত্যপস্তথাঃ ॥১৪॥
পাণ্ডুনা নির্জিতং রাজ্য‚ কৌরবাণাং যশস্তথা। ততশ্চাপ্যধিকং ভুয়ঃ পাণ্ডবৈর্ধর্ম্মচারিভিঃ ॥১৫॥
তেষাস্তু তাদৃশং কর্ম্ম ত্বামাসাদ্য সুনিষ্ফলম্। যৎ পিত্র্যা ভ্রংশিতা রাজ্যাত্ত্বয়েহামিষগৃদ্ধিনা ॥১৬॥

---

অকন্‌বাশিং অদুগা অতোপ অতোপ্পা নিংথৌশিংনসু, মহারাজগী বুদ্ধি থেনবগী মহৈ অসি কংবা য়াওগদৌরিব্বনি ॥৭॥ মহারাজনা মপা অম ওইবগী হৌনবা, মচাবু ধর্ম্মগী লম্বীদা চৎহনবা—হায়রবা থবক অমদি মথৌ অদুবু তৌবিরম্লবদি অরাবা থুদোং থীবসে থক্ পোক্লম্মোইদৌবনি ॥৮॥ লোকসমাজ অসিদা মহারাজনা অশিংবা মীশক্ অম ওইনা লৈনা লৈনা, নিংথৌনা অমদি—মপা কৌবনা চৎকদবা অদুগা সনাতন ওইবা কুইরবা ধর্ম্ম অদুবু থাদোকতুনা দুর্য্যোধন-কর্ণ-শকুনিনা চৎপা লম্বীদা তুং ইন্নবিখি ॥৯॥ মরম্ অদুনা মহারাজ! লায়বা মীনা হু য়ান্‌শিন্নগ্রবা খোইহী থক্‌পগুম্ ঐসু হৌজিক মহারাজগী কত্রবা নীতিদগী থোকখিবা অবা-অনাগী মীকপ্‌ মীরাওশিং অসি তারি ॥১০॥ মহারাজ! মমাংদা কৃষ্ণনা মহারাজবু ঈকায় খুম্নবা অমদি ঈকায়-খুম্নবগী মতীক্ চাবনি হায়না খন্‌বা অদুপ্‌, ভীষ্ম দ্রোণ যুধিষ্ঠির মকপুসু খন্‌খিদবনি ॥১১॥ মহারাজনা রাজধর্ম্ম হায়বদু হেক্ থাদোকখিবা নুমিৎ অদুদগী কৃষ্ণনা মহারাজবু হান্নগুম্ অহক্ য়াম্ন ঈকায়-খুম্নবগী মশক ওইরি হায়বসি খনখিদ্রবনি ॥১২॥ মচাশিংগী দমক্ লৈপাক্ পাম্বিবা নিংথৌ! অদুগী সভাময়ায়দা, চৌথর সভাদা দুঃশাসননা চিংবা কত্রবশিংনা, পাণ্ডবশিংগী মফমদা থাখিবা তুকচরবা য়াহৈশিং অদুবু মহারাজনা তানা-তানা তাশিন্নদবুনা থাওতনা লৈখিবি। মাদুগী মহৈ মশানা অসুম্ লাক্‌চবগনি ॥১৩॥ পাপকী শরুক্‌ পুবা য়াথিরোই থনবিম্নবা নিংথৌ! নবুথৌশিংগী লৈপাক সিংহাসন মহারাজগী খুত্তা তারে। অদুগী মথকতা, পাণ্ডবশিংগী মথুৎত, মপাঙ্গল মথৌনানা তানজবা লৈপাকসু থোপচিনবিরে ॥১৪॥ ননাও ঈবুঙো পাণ্ডুনা লৈপাক কয়া জয় তৌজরমদুনা, কুরুবংশগী মিংচৎ-গৌরব শন্দোকপিরমলে। অদুগী মথকতা মচা পাণ্ডবশিং অসিনা মপাম্বোমগী পাঙ্গম্না লৈপাক কয়া অমুক জয় তৌদুনা রাজ্য অসিবু পাকথোকহল্লবনি ॥১৫॥ অদুবু, অসুক পাকচাউরবা লৈপাক অসে, মহারাজগী খুত্তা হেক তাম্নবদা অরেম্বা ওইরে। মরমদি মহারাজনা নিংথৌ অম ওইবিরগা লাঞ্জরবা পাণ্ডবশিংবু বনদা তাম্বোকপিরে

যৎ পুনর্যুদ্ধকালে তু পুত্রান্ প্রহর্ষয়সে নৃপ ! । বহুধা ব্যাহরন্ দোষং নৈতদত্রোপপদ্যতে ॥১৭॥
নহি রক্ষন্তি রাজানো যুধ্যন্তো জীবিতং রণে । চমূং বিগাহ্য পার্থানাং যুধ্যন্তে ক্ষত্রিয়র্ষভাঃ ॥১৮॥
যাস্তু কৃষ্ণার্জ্জুনৌ সেনাং যাং সাত্যকিবৃকোদরৌ । রক্ষেতাং কো নু তাং যুধ্যেচ্চমূমন্যত্র কৌরবাৎ ॥১৯॥
যেষাং যোদ্ধা গুড়াকেশো যেষাং মন্ত্রী জনার্দ্দনঃ । যেষাঞ্চ সাত্যকির্গোপ্তা যেষাং গোপ্তা বৃকোদরঃ ॥২০॥
কো হি তান্ বিষহেদ্‌যোদ্ধুং মর্ত্ত্যধর্ম্মা ধনুর্দ্ধরঃ । অন্যত্র কৌরবেয়েভ্যো যে বা তেষাং পদানুগাঃ ॥২১॥
(যুগ্মকম্)

যাবত্তু শক্যতে কর্ত্তুমন্তরৈর্জ্জনাধিপৈঃ । ক্ষত্রধর্ম্মপরৈঃ শূরৈস্তাবৎ কুর্ব্বন্তি কৌরবাঃ ॥২২॥
যথা তু পুরুষব্যাঘ্রৈর্যুদ্ধং পরমসঙ্কটম্ । কুরূণাং পাণ্ডবৈঃ সার্দ্ধং তৎ সর্ব্বং শৃণু তত্ত্বতঃ ॥২৩॥
তস্যাং নিশায়াং ব্যুষ্টায়াং দ্রোণঃ শস্ত্রভৃতাং । ব্যূহানীকানি সর্ব্বাণি প্রাক্রামদ্‌ব্যূহিতুং ততঃ ॥২৪॥
শূরাণাং গর্জ্জতাং রাজন্ ! স ক্রুদ্ধানামমর্ষিণাম্ । শ্রূয়ন্তে হি গিরশ্চিত্রাঃ পরস্পরবধৈষিণাম্ ॥২৫॥
বিস্ফার্য্য চ ধনূংষ্যন্যে জ্যাঃ করৈঃ পরিমৃজ্য চ । বিনিশ্বসন্তঃ প্রাক্রোশন্ ক্বেদানীং স ধনঞ্জয়ঃ ।৬।
বিকোষান্ সুসংরব্ধনন্যে কৃতধারান্ সমাহিতান্ । পীতানাকাশসঙ্কাশানসীন্ কেচিচ্চ চিক্ষিপুঃ ।.৭।

॥১৬॥ নিংথৌ ! হৌজিক অসিদা, লাঙ্গাও থোক্লরবদা নচাইবুংঙোশংসিবু মহারাজনা নিন্দা তৌবরি। মাগুাদ চুমদে, মরমদি লাল অসে মহারাজনা থোকহনবিখিবান ॥১৭॥ ক্ষত্রিয়শিং অসনা হৌজিক, লালতৌনা তৌনা মশা মশাবু কণ্ডবা ঙমদ্রে। মথোয় হৌজিক পাণ্ডব-শিংগী লান্মী তেঙ্গোল মরকত চোংশিন-চো শিন্দুনা লালশোক্লরি ॥১৮॥ মহারাজ! ভীম-অর্জ্জুন কৃষ্ণনা ঙাকশেল্লবা লান্মী মপৈবু কৌরব শিংসি নত্তনা করম্বা মীনা থেংনবা ঙমগদগে ? ॥১৯॥ অর্জ্জুননা লান্মী লুচিংবা ওইরিবা, মথোযগী মন্ত্রীনা কৃষ্ণনা ওইরবা, ভীম-সাত্যকিনা শেল্লরবা অসগুম্বা পাণ্ডব তেঙ্গোলবু কৌরবশিং অমদি মথোয়গী থোঙলোয় মীচঙশিং অসি নত্তনা কনানা থেংনবা ঙম্মগদগে ? ॥২০—২১॥ কৌরবশিংনা ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মদা পূক্নীং চঙলব, শিবা কিদ্রবা অকনবাশিংগা লোয়নননা তৌবগুম্বা মথৈ তৌদুনা শোক্লরে ॥২২॥ করে অসি পুন্নমক্, হৌজিক্কু মথা, কনা-কনা শোক্লবগে হায়বদু মথংগীংনা তাবিরো। মথৌনা লৈবরা পাণ্ডবশিংগা কৌরব-শিংগা মথা শোক্লখিব লাল্ অদু তাবিয়ু ॥২৩॥ অহিং অদু হৌপ্রবদা, লোংঙাল্লকপদা থুংলায় পায়বগী অথোইবা দ্রোণাচার্য্যনা লান্মী মপৈবু বেহুগী মওংদা শেম-শাবা হৌখি ॥২৪॥ মহারাজ! মতম্ অদুদা অমগমগ হাৎনা-থিন্নবগী অয়াবপা, তমথিরবা, লাউনরকপা রাহৈশিং অদু পুন্নিন নিন্না তাব ফংখি ॥২৫॥ অকনবা কয়াকথানা মাগী মাগী লীক্লংদা লীরী হাপতুনা লীরীবু কন্ন কন্না চিংদুনা, শাউবনা মশা থকথক নীক্লতুনা, ওংদুনা খোল্লেল হৌনা—"অর্জ্জুন হাযবদু কদোম্ চৎখ্রে ?"—হায়রনা লাউনরক্লে ॥২৬॥ লান্মী কয়াকন্নানা থাওথুম্‌দগী শক্তোক্লবা, থুংপায়কম্—মথোক্ কজনা পাল্লবা, মন্না থৌরবা, চেক্‌শিন্ন কজনা শাপ্রবা, থাও মপৈ মপৈ পায়থৎ-হায়গৎনরক্লে ॥২৭॥

চরন্তশ্চাসিমার্গাংশ্চ ধনুর্মার্গাংশ্চ শিক্ষয়া । সংগ্রামমনসঃ শূরা দৃশ্যন্তে স্ম সহস্রশঃ ॥২৮॥
সঘণ্টাশ্চন্দনাদিগ্ধাঃ স্বর্ণবজ্রবিভূষিতাঃ । সমুৎক্ষিপ্য গদাশ্চান্যে পর্য্যগৃহ্নন্ত পাণ্ডবম্ ॥২৯॥
অন্যে বলমদোন্মত্তাঃ পরিঘৈর্বাহুশালিনঃ । চক্রুঃ সংবাধমাকাশমুচ্ছ্রিতৈরিন্দ্রকেতূপমৈঃ ॥৩০॥
নানাপ্রহরণৈশ্চান্যে বিচিত্রস্রগলঙ্কৃতাঃ । সংগ্রামমনসঃ শূরাস্তত্র তত্র ব্যবস্থিতাঃ ॥৩১॥
ক্বার্জ্জুনঃ ক্ব স গোবিন্দঃ ক্ব চ মানী বৃকোদরঃ । ক্ব চ তে সুহৃদস্তেষামাহ্বয়ন্তো রণে তদা ॥৩২॥ (যুগ্মকম্)
ততঃ শঙ্খমুপাধ্মায় ত্বরয়ন্ বাজিনঃ স্বয়ম্ । ইতস্ততস্তান্ রচয়ন্ দ্রোণশ্চরতি বেগিতঃ ॥৩৩॥
তেষ্বনীকেষু সর্ব্বেষু স্থিতেষ্বাহবনন্দিষু । ভারদ্বাজো মহারাজ ! জয়দ্রথমথাব্রবীৎ ॥৩৪॥
ত্বঞ্চৈব সৌমদত্তিশ্চ কর্ণশ্চৈব মহারথঃ । অশ্বত্থামা চ শল্যশ্চ বৃষসেনঃ কৃপস্তথা ॥৩৫॥
শতঞ্চাশ্বসহস্রাণাং রথানাময়ুতানি ষট্ । দ্বিরদানাং প্রভিন্নানাং সহস্রাণি চতুর্দ্দশ ॥৩৬॥
পদাতীনাং সহস্রাণি দংশিতান্যেকবিংশতিঃ । গব্যূতিষু ত্রিমাত্রাসু মামনাসাদ্য তিষ্ঠত ॥৩৭॥
(বিশেষকম্)
তত্রস্থং ত্বাং ন সংসোঢ়ুং শক্তা দেবাঃ সবাসবাঃ । কিং পুনঃ পাণ্ডবাঃ সর্ব্বে সমাশ্বসিহি সৈন্ধব ! ॥৩৮॥

---

লাশ্মী লিশিং লিশিংনা, পরেং পরেং, মান মানা তমজবাবিদ্যাগী থম্থেংবা খুদম্ উত্না, লীরুং পায়বনা লীরুং পায়বগী লম্বীদা, থাঙপাযবনা থাঙ পায়বগী লম্বীদা চংথোক্লরক্লে ॥২৮॥ অতোপ্পা অকন্বা কয়া কয়া—ঘাংশমীক্ থানবা, চন্দন তৈরবা, সনা-মাণিকুতানা থাম্রবা, মাগী মাগী গদা অহু পায়থংনহুনা, "ভীম কদোম্দা লৈব্রে ?" হায়না খোঞ্জেল হৌনা হৌনা লাউনরক্লে ॥২৯॥ মপাঙ্গম্না ময়াই কারবা, মী কিক্রবা, মথবাক্ মরেং কল্লবা, মপাঙ্গোম্ চাউরবা লাশ্মীশিংনা ইন্দ্রগী কিয়ালগী মতোঙ্গুম্না শাংলবা মাগী মাগী তা মপৈ মপৈ আকাশ পুমকুপ কুপ্না লংথংনরকই ॥৩০॥ মখল্ মখা অয়াম্বা, খুংলাব পায়রবা কল্লবা লাশ্মীশিংন "অর্জ্জুন কদাই ?" "কৃষ্ণ কদাইদা লৈ ?" "নাপল তোৌরবা ভীমনা কদাইদা চংব্রে"—অসুম্ হায়না লাউর লাক্তিনহুনা ল্যাকমদা শেম্শাহুনা লৈনখি ॥৩১—৩২॥ অসিগী তুংদা দ্রোণনা, মোইবুং খোংগত্না মহাকী শগোল মখিবু কয়া থৌজিল্লক্লা লালকম্ ময়ায়দা। কৌরব লাশ্মী পুম্নমক্পু মকম্ মকম্দা চপ্ চপ্ চানা শেম্ শানা থমজ্জমা লালকম্ ময়ায়দা থৌজিল্লকলি ॥৩৩॥ মহারাজ ! অসিগীতুংদা, লাশ্মী পুম্নমক্পু শেম্শাবা লোইরগা, দ্রোণনা জয়দ্রথ য়েংজনা অসুম্না হায়রকই :—॥৩৪॥ জয়দ্রথ ! নহাক, ভূরিশ্রবা, মহারথী কর্ণ, অশ্বত্থামা, শল্য, বৃষসেন, কৃপাচার্য্য, অমুগা শগোলতোংবা লাশ্মী লাখ অমা, রথী লিশিং হুল্ক্, মচুম্ তাবা শাম্ম লিশিং তরামর্গি, লালগীদমক্ শেম্শারবা খোঙমী লিশিং কুম্নাথোই, নখোয় অসিনা য়ুথক্ তরুক্ লাপ্না লৈয়ু ॥৩৫—৩৭॥ নখোয় অসিনা পুল্লগা লিংজেল্ মায়না লৈবা মকম্ অদুদা, ইন্দ্রনচিংবা লাইয়ামকন্থ পাক চঙ্ঙকপা ঙমলোই। অদু ওইরবদি পাণ্ডবশিংনদি করি তৌজরগনি অহুনা। জয়দ্রথ ! নহাক্ কৰিবত্ত ঘায়গনু ॥৩৮॥

এবমুক্তঃ সমাশ্বস্তঃ সিন্ধুরাজো জয়দ্রথঃ। সংপ্রায়াৎ সহ গন্ধারৈর্বৃতস্তৈশ্চ মহারথৈঃ।
বর্ম্মিভিঃ সাদিভির্যত্তৈঃ প্রাসপাণিভিরাস্থিতৈঃ ॥৩৯॥
চামরাপীড়িনঃ সর্ব্বে জাম্বুনদবিভূষিতাঃ। জয়দ্রথস্য রাজেন্দ্র। হয়াঃ সাধুপ্রবাহিণঃ।
তে চৈব সপ্তসাহস্রা দ্বিসাহস্রাশ্চ সৈন্ধবাঃ ॥৪০॥
মত্তানাং স্ববিরূঢ়ানাং হস্ত্যারোহৈর্বিশারদৈঃ। নাগানাং ভীমরূপাণাং বর্ম্মিণাং রৌদ্রকর্ম্মিণাম্ ॥৪১॥
অধ্যর্দ্ধেন সহস্রেণ পুত্রো দুর্ম্মর্ষণস্তব। অগ্রতঃ সর্ব্বসৈন্যানাং যুধ্যমানো ব্যতিষ্ঠত ॥৪২॥
(যুগ্মকম্)

ততো দুঃশাসনশ্চৈব বিকর্ণশ্চ তবাত্মজৌ। সিন্ধুরাজার্থসিদ্ধ্যর্থমগ্রানীকে ব্যবস্থিতৌ ॥৪৩॥
দীর্ঘো দ্বাদশগব্যূতিঃ পশ্চার্দ্ধে পঞ্চবিংশতিঃ। ব্যূহঃ স চক্রশকটো ভারদ্বাজেন নির্ম্মিতঃ ॥৪৪॥
নানানৃপতিভির্বীরৈস্তত্র তত্র ব্যবস্থিতৈঃ। রথাশ্বগজপত্ত্যোঘৈর্দ্রোণেন বিহিতঃ স্বয়ম্ ॥৪৫॥
পশ্চার্দ্ধে তস্য পদ্মস্তু গর্ভব্যূহঃ সুদুর্ভিদঃ। সূচী পদ্মস্য গর্ভস্থা গূঢ়া ব্যূহঃ কৃতঃ পুনঃ ॥৪৬॥
এবমেতং মহাব্যূহং ব্যূহ্য দ্রোণো ব্যবস্থিতঃ সূচীমুখে মহেষ্বাসঃ কৃতবর্ম্মা ব্যবস্থিতঃ ॥৪৭॥

দ্রোণনা অসুম্ হায়রবদা, জয়দ্রথ খব ঈওপ খগুনা, গান্ধার দেশগী লান্মী পুম্নমকনা লালফুরিৎ চেত্কাশন্না লীংলবা মথুক্তা শাংলশালবা থাঙ-তা পায়বা মাগী মাগী শাদোংদা তোংখৎনগুনা, মাগী মাগী খোঙমী লান্মীনা ঈকোয় কোয়শন্দুনা, চঙশিল্লকই ॥৩৯॥ নিংথৌ অথোইবা! মতম্ অদুদা, মযৈ চামর শারবা, সনালুপা ঙংলবা লৈতেংনা থল্লবা শগোল্না চিংবা রথ অদুদা তোংখংখি। মতম্ অসিদা সিন্ধুদেশগী লান্মী লিশিং অনী, অতোপ্পা ল.ন্মী লিশিং তরেৎনা মচাক্কী মতুংইন্নখি ॥৪০॥ অকিবগী মশক্ ফংলবা, লালফুরিৎনা মশাপুম্বা য়োম্লবা, তম্থিরবা থবক্ তৌঙম্বা, নচাঈবুঙো দুর্ম্মর্ষণনা, চাউরবা ময়াই কারবা শামু অমগী মথক্তা তোংখগুনা, লালদা হৈরবা-থোরবা লান্মী লিশিং অমগা চামঙা পুদুনা, কৌরব লান্মী খ্বাইমাঙদা চোংথরকই ॥৪১—৪২॥ অসিগী তুংদা নচা ঈবুঙো দুঃশাসন অমদি বিকর্ণনা মাগী মাগী লান্মী তেঙ্গোলগা লোয়ননা কৌরব তেঙ্গোলগা মাঙ থানা থোরকই—॥৪৩॥ য়ুথক্ কুন্মরি শাংবা, তুংলোম্দনা তরা পাকপা, "চক্রশকট" কৌবা (চাকা পান্বা গাড়ী মওং মান্বা) লান্মীশিংগী ফিরেপ (বেহু) অদু দ্রোণনা শারকই ॥৪৪॥ মকম চানা চানা লেপ্তুনা লৈরবা অকন্বা নিংথৌশিংনু, শগোল শামু রথ তোংবা লিশিং লিশিংনু "চক্রশকট" কৌবা বেহুগী মওংদা লৈহন্খি ॥৪৫॥ হায়রিবা বেহু অসিগী মতুংদা, পদ্মব্যূহ কৌবা, মীনা চঙবা ঙমদ্রবা বেহু অমা শাহুনা থম্খি। হায়রিবা বেহু অসিমক্কী মনুংদা, অমুক্, "সূচী" কৌবা য়েন্দূম্ মচীন শাবা, মীনা খঙবা ঙমদ্রবা, থুম্নবা বেহু অমা শাখি ॥৪৬॥ অসিগুম্বা অচৌবা বেহু অসি থম্নগা, দ্রোণাচার্য্যনা বেহু অদুগী ময়ায়দা লৈখি। অচৌবা লীক্কং পায়বা কৃতবর্ম্মানা সূচীবেহু অদুগী মচীন্দা (মমাঙদা) লৈখি ॥৪৭॥

অনন্তরঞ্চ কাম্বোজো জলসন্ধশ্চ মারিষ ।। দুর্য্যোধনঃ সহামাত্যস্তদনন্তরমেব চ ॥৪৮॥
ততঃ শতসহস্রাণি যোধানামনিবর্ত্তিনাম্ । ব্যবস্থিতানি সর্ব্বাণি শকটে মুখরক্ষিণাম্ ॥৪৯॥
তেষাঞ্চ পৃষ্ঠতো রাজা বলেন মহতাবৃতঃ । জয়দ্রথস্ততো রাজন্! সূচীপার্শ্বে ব্যবস্থিতঃ ॥৫০॥
শকটস্য তু রাজেন্দ্র! ভারদ্বাজো মুখে স্থিতঃ অনু তস্যাভবদ্ভোজো জুগোপৈনং ততঃ স্বয়ম্ ॥৫১॥
শ্বেতবর্ম্মাম্বরোষ্ণীষো ব্যূঢ়োরস্কো মহাভুজঃ । ধনুর্বিস্ফারয়ন্ দ্রোণস্তস্থৌ ক্রুদ্ধ ইবান্তকঃ ॥৫২॥
পতাকিনং শোণহয়ং দেবীকৃষ্ণাজিনধ্বজম্ । দ্রোণস্য রথমালোক্য প্রহৃষ্টাঃ কুরবোঽভবন্ ॥৫৩॥
সিদ্ধচারণসংঘানাং বিস্ময়ঃ সুমহানভূৎ । দ্রোণেন বিহিতং দৃষ্ট্বা ব্যূহং ক্ষুব্ধার্ণবোপমম্ ॥৫৪॥
সশৈলসাগরবনাং নানাজনপদাকুলাম্ । গ্রসেদ্ব্যূহঃ ক্ষিতিং সর্ব্বামিতি ভূতানি মেনিরে ॥৫৫॥
বহুরথমনুজাশ্বপত্তিনাগং প্রতিভয়নিস্বনমদ্ভুতাহ্বরূপম্ । অহিতহৃদয়ভেদনং মহদ্বৈ শকটমবেক্ষ্য ননন্দ রাজা ॥৫৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে কৌরবব্যূহনির্ম্মাণেপঞ্চসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

নিংথৌ ! মহাক্কী তুংদা কম্বোজ দেশগী জলসন্ধ হায়বা নিংথৌ অদু লৈখি। অদুগীতুংদা খোঙমী লাম্মীশিংগা লোয়নন। দুর্য্যোধন লৈখি ॥৪৮॥ অদুগী তুংদা, বেহু অদুবু ঙাক্শেন্নবা লাম্মী লখ। লখানা শকট ব্যূহদুগী মমাঙদা চেক্শিন্না লৈখি ॥৪৯॥ নিংথৌ ! অদুগী তুংদা সূচী বেহুদুগী নাকল অমদা, পাক্-চাউরবা লাম্মী মপৈন। পূমকোয় কোয়শিন্দুনা নিংথৌ জয়দ্রথ লৈখি ॥৫০॥ নিংথৌ ! দ্রোণাচার্য্য মশামক্না চক্রশকট অদুগী মচীন ওইদুনা লৈখি। মাগী তুংদা ভোজরাজনা মহাকপু ঙাকশেন্দুনা লৈখি ॥৫১॥ লালফুরিৎসু ঙৌবা, শেৎলিবা কীজোনসু, ঙৌবা লুহুপ, ( কোয়েৎ ) সু ঈঙৌ ঙৌবা, মথবাক কল্লবা, অদুগুম্বা দ্রোণাচার্য্যনা, লীরী চিংদুনা নিশানা তৌদুনা অশাউবগা লোয়নন। লেপ্তুনা লৈখি ॥৫২॥ কিরাল্ মথল্ মথন্না লৈতেংলবা, অঙাঙবা শগোলচিংবা মখোক্ত কৈ-শজী মউন্না য়েৎশিল্লবা, রাংকাক্না কিয়াক্না লৈতেং ওইরবা দ্রোণগী রথ অদু উবদা কৌরব লাম্মী পুম্বা হয়াউনখি ॥৫৩॥ ঈথক্ হোরবা ঈপাকী পান্দম ওইরবা লাম্মী মপৈন। শেম্বা দ্রোণগী অদুগুম্বা বেহুদু উবদা নোংমদোম্বক্তা লৈরিবা সিদ্ধ চারণ পুম্বনা থোইদোক্না ঙকখি ॥৫৪॥ "হন্দক্কী বেহু অসিনা, চীঙমান্ তুরেল্-হৈপাল্ লৈপান্না থল্লবা পৃথিবী মপুম্ন্সমবু পুময়োৎ য়োৎশিন্বা ঙম্গনি" অমুম্ হায়ন। অউবা জীব পুম্বনা শোন্নখি ॥৫৫॥ রথ ময়াম্ লাম্মী, থোঙমী মপৈ মপৈ, শগোল শামু লিশিং লিশিংনা থল্লবা পাক্চাউরবা চক্রশকট কৌবা বেহুদুবু উজবদা দুর্য্যোধন অসি থোইদোক্না হয়াউজখি ॥৫৬॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা "জয়দ্রথবধ"গী মনুংদা কৌরব ব্যূহনির্ম্মাণগী হুম্ফূতরা মঙাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥ X ॥

# শ্রীমহাভারতম্

## ষট্‌সপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ

### হুন্দ্রুতরাতরুকুশুবা অধ্যায়

(দুর্ম্মর্ষণ পরাজয়)

—ঃ(০)ঃ—

সঞ্জয় উবাচ।

ততো ব্যূঢেষ্বনীকেষু সমুৎক্রুষ্টেষু মারিষ। তাড্যমানাসু ভেরীষু মৃদঙ্গেষু নদৎসু চ ॥১॥

অনীকানাঞ্চ নির্হ্রাদে বাদিত্রাণাঞ্চ নিস্বনে। প্রধ্মাপিতেষু শঙ্খেষু সন্নাদে লোমহর্ষণে ॥২॥

অভিহারয়ৎসু শনকৈর্ভরতেষু যুযুৎসুষু। রৌদ্রে মুহূর্ত্তে সংপ্রাপ্তে সব্যসাচী ব্যদৃশ্যত ॥৩॥

(বিশেষকম্)

বলানাং বায়সানাঞ্চ পুরস্তাৎ সব্যসাচিনঃ। বয়াংসি সহস্রাণি প্রাক্রীড়ংস্তত্র ভারত ॥৪॥

মৃগাশ্চ ঘোরসংনাদাঃ শিবাশ্চাশিবদর্শনাঃ। দক্ষিণেন প্রযাতানামস্মাকং প্রানদংস্তথা ॥৫॥

সনির্ঘাতা জ্বলন্ত্যশ্চ পেতুরুল্কাঃ সহস্রশঃ। চচাল চ মহী কৃৎস্না ভয়ে ঘোরে সমুত্থিতে ॥৬॥

বিষ্বগ্বাতাঃ সনির্ঘাতা রূক্ষাঃ শর্করবর্ষিণঃ। ববুর্বাত ভি বৌস্তে সংগ্রামে সমুপস্থিতে ॥৭॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ— ঈকাযথুম্নবগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ! অসিগী তুংদা বেহু শাত্তনা, শেম্-শাবা লোইরদা, কৌরবলাম্মী মপৈনা,— "শোক্লাস থোরকুউ"—আসনচিংবা খোল্লাউনা পাণ্ডবকী লাম্মী তেঙ্গোল্লোম্দা কম্না কম্না লাউশিল্লকলে। পুং শেল যন্ত্র ময়াম্ খোংগৎ যৈখৎনরক্লে। সিংহনাদ লাউনরকপগী, পেরে-শিঙ্গা, মোইবুংনচিংবা খোংগৎনরকপগী মখোল্লা অকিবকংনা মায়গে মরি শীনথুংখ্রে। কম্থোরবা অকন্বা ক্ষত্রিয়শিং অহুনা থাঙথুম্দগী থাঙ শত্তোক্লরকলে। মতৌ অসুম্না লাল্কম্না অকিবা-তুজুংবা পোক্লনবগী মুর্ত্তি পুরক্লবা মতম্সিদা, পাণ্ডব পক্ষরোম্দগী অর্জ্জুননা থোরকপদু, ঐখোয়না উথি ॥১—৩॥ অর্জ্জুননা থোরকপ মতম্সিদা নোংমদোন্দা, অর্জ্জুনগী কোক্থক্ মপান্দা, ক্বাক্মচা অচৌবগী জাৎ-জাৎ অসিনা মুংঙাইনা কোয়পাক্ত পাইবা হৌরক্লে ॥৪॥ ঐখোয়গী কৌরব লাম্মীশিং থোরকপা মতম্দদি য়েৎলোম্দা, অকিবগী মশক পুরবা খোল্লাউগা, লোয়ননা অমঙ্গলগী মশক্ ওইরবা শাশিংনা অহুগা লম্হুইনা লাক্ল লাক্ল খোংবা হৌরক্লে ॥৫॥ অসিগুম্বা তম্থিরবা থৌদোক্ অম থোক্লদবগী মতম্সিদ, নোং থাক্পা-নোংথাং কুম্লগা লোয়ননা শঙাইশেল্ লিশিং লিশিং পাইশিল্লকই—॥৬॥ অর্জ্জুননা শাউনা চঙশিন্-ফুজিল্লকপা মতম্সিদা

নাকুলিস্তু শতানীকো ধৃষ্টদ্যুম্নশ্চ পার্ষতঃ । পাণ্ডবানামনীকানি প্রাজ্ঞৌ তৌ ব্যূহতুস্তদা ॥৮॥
ততো রথসহস্রেণ দ্বিরদানাং শতেন চ । ত্রিভিরশ্বসহস্রৈশ্চ পদাতীনাং শতৈঃ শতৈঃ ॥৯॥
অধ্যর্দ্ধমাত্রে ধনুষাং সহস্রে তনয়স্তব । অগ্রতঃ সর্বসৈন্যানাং স্থিত্বা দুর্মর্ষণোঽব্রবীৎ ॥১০॥

( যুগ্মকম্ )

অদ্য গাণ্ডীবধন্বানং তপন্তং যুদ্ধদুর্মদম্ । অহমাবারয়িষ্যামি বেলেব মকরালয়ম্ ॥১১॥
অদ্য পশ্যন্তু সংগ্রামে ধনঞ্জয়মমর্ষণম্ । বিষক্তং ময়ি দুর্দ্ধর্ষমশ্মকূটমিবাশ্মনি ॥১২॥
তিষ্ঠধ্বং রথিনো যূয়ং সংগ্রামমভিকাঙ্ক্ষিণঃ । যুধ্যামি সংহতানেতান্ যশো মানঞ্চ বর্দ্ধয়ন্ ॥১৩॥
এবং ব্রুবন্ মহারাজ ! মহাত্মা স মহাদ্যুতিঃ । মহেষ্বাসৈর্বৃতো রাজন্ ! মহেষ্বাসো ব্যবস্থিতঃ ॥১৪॥
ততোঽন্তক ইব ক্রুদ্ধঃ সবজ্র ইব বাসবঃ । দণ্ডপাণিরিবাসহ্যো মৃত্যুঃ কালেন চোদিতঃ ॥১৫॥
শূলপাণিরিবাক্ষোভ্যো বরুণঃ পাশবানিব । যুগান্তাগ্নিরিবার্চ্চিষ্মান্ প্রধক্ষ্যন্ বৈ পুনঃ প্রজাঃ ॥১৬॥

শোক্তপ থে বদা নায়বা, চাউর-চাউরবা লৈচেঙ্গ মপেগা লোয়ননা নোং মুংশিৎনা নোংলৈগা লোয়ননা, শীৎপা হুম্বা হৌরক্লে ॥৭॥ মতম্ অসিদা নকুলগী মচানিপা শতানীক গা পৃষতকী মচা ধৃষ্টদ্যুম্ন গা অনীনা পাণ্ডব লান্মীপুম্বু য়ায় চ্যেকশিন্না বেহুগী মওংদা থম্খ্রে ॥৮॥ অদুগী তুংদ, রথী লিশিং অম শামু তোংবা লান্মী চামা, শগোল তোংবা লান্মী লিশিং অনী, খোঙমী লিশিং তরাগা লোয়নন। কৌরব তেঙ্গোল—খ্বাইগী মাঙদা, নচাঈবুঙো দুর্মর্ষণ না, অর্জ্জুননা লৈরিবা মকম্ অদুদগী খুদুপ লিশিং তরুক্ লোম্ লাপ্পা—লৈদুনা, অস্থুম্ হায়না লাউরক্ই ॥৯—১০॥ ঙাসিদি, ঐ, তোর্বান-চাংজোনা ঈপাক্কী ঈথক মপেম্বু থিংবগুম্ অর্জ্জুনগী লান্মী মপেম্বু থিংগে ॥১১॥ ঙসিদি মপাঙ্গল মান্নবা নুং অনীনা থেংগাই তকৃথায়নবগুম্, নাপলচাউরবা, লাকৃণম্-কাওম্ত্রবা অর্জ্জুনগা লাকৃণম্-কাওম্ত্রবা দুর্মর্ষণ ঐগা ঐখোয়নী থেংনগদৌরি—॥১২॥ অদুনা অকনবশা ! নংগী নংগী নক্‌ম্ চানা চানা চ্যেকশিন্না লৈযু । ঙসি, ঐ, কৌরব বংশগী মানমর্য্যাদা পুম্বা ঙাক্তুনা, থরাই খুবাক্ত হাপ্তুনা যেরুবশিংগা থেংনগে” ॥১৩॥ মহারাজ ! মতীক্-মগুণ-মথৌনা লৈরবা, লীরুং অচৌবা পায়বা দুর্মর্ষণনা রাহৈ অসি হায়দুনা, মাগী লান্মী রথীশিংনা পুম্কোয় কোয়শিন্দুনা খ্বাইগী মাঙ থানা লেপ্তুনা লৈখি ॥১৪॥ অদুগী তুংদা, নিবাতকবচ হাৎলম্বা, জয় ওইদুনা ঙাক্ লা ব্রবা, অচুম্ব থবক্ত রাশক্ চেৎপা, নর-ঋষিগী শায়োন ওইবা, হৌজিকস্থু নারায়ণ ( কৃষ্ণ ) গী অনুগামী ওইরিবা অর্জ্জুন, অসি, অশাউবা—মীনা লাকচবা থাওবা ভম্দবা, অদুগা মশা মথন্তগী মথৌনা পাঙ্গল অসিপুম্নরু ঈনশিন্নক্তুনা—লাল ফুরিৎ, থাঙ্ তা সনাগী লুহুপ্ নীঙথিজরব লৈপক্লেং অমদি কীজোল, তাল্-সনমীক, হাইক্সবা কুণ্ডল নাইন—অসি পুন্নরু লৈতেং ওইদুনা, রথমথক্ত খুদক্ত চোংথৎখিদুনা, গাণ্ডীব লীরুংবু খুদম্ চেৎনা পায়দুনা, “জয়দ্রথ হাৎকে” হায়বা অচৌবা রাশক্ অমা ঙারুনবা, পাউরব যমরাজনী মতৌঙম্বা, মথুরা বজ্র পায়বা

ক্রোধামর্ষবলোদ্ভূতো নিবাতকবচান্তকঃ। জয়ো জেতা স্থিতঃ সত্যে পারয়িষ্যন্ মহাব্রতম্ ॥১৭॥
আমুক্তকবচঃ খড়্গী জাম্বূনদকিরীটভৃৎ। শুভ্রমাল্যাম্বরধরঃ স্বঙ্গদশ্চারুকুণ্ডলঃ ॥১৮॥
রথপ্রবরমাস্থায় নরো নারায়ণানুগঃ। বিধুন্বন্ গাণ্ডিবং সংখ্যে বভৌ সূর্য্য ইবোদিতঃ ॥১৯॥

(কুলকম্)

সোঽগ্রানীকস্য মহত ইষুপাতে ধনঞ্জয়ঃ। ব্যবস্থাপ্য রথং সজ্জং শঙ্খং দধ্মৌ প্রতাপবান্ ॥২০॥
অথ কৃষ্ণোঽপ্যসংভ্রান্তঃ পার্থেন সহ মারিষ!। প্রাধ্মাপয়ৎ পাঞ্চজন্যং শঙ্খপ্রবরমোজসা ॥২১॥
তয়োঃ শঙ্খপ্রণাদেন তব সৈন্যে বিশাংপতে!। আসন্ সংহৃষ্টরোমাণঃ কম্পিতা গতচেতসঃ ॥২২॥
যথা ত্রস্যন্তি ভূতানি সর্ব্বাণ্যশনিনিস্বনাৎ। তথা শঙ্খপ্রণাদেন বিত্রেসুস্তব সৈনিকাঃ ॥২৩॥
প্রসুস্রুবুঃ শকৃন্মূত্রং বাহনানি চ সর্ব্বশঃ। এবং সবাহনং সর্ব্বমাসীদ্বিমনসং বলম্ ॥২৪॥
সীদন্তি স্ম নরা রাজন্! শঙ্খশব্দেন মারিষ!। বিসংজ্ঞাশ্চাভবন্ কেচিৎ কেচিদ্রাজন্! বিতত্রসুঃ ॥২৫॥
ততঃ কপির্মহানাদং সহ ভূতৈর্ধ্বজালয়ৈঃ। অকরোদ্ব্যাদিতাস্যশ্চ ভীষয়ংস্তব সৈনিকান্ ॥২৬॥
ততঃ শঙ্খাশ্চ ভের্য্যশ্চ মৃদঙ্গাশ্চানকৈঃ সহ। পুনরেবাভ্যহন্যন্ত তব সৈন্যপ্রহর্ষণাঃ ॥২৭॥

---

ইন্দ্রগী মতৌগুম', কালকৌবা লাইনা থারক্লবা, মথুক্ত চৈতুপ পায়বা 'অশিবা' কৌবা লাইছুগী মতৌগুম্না, মথুক্তা শউনখৌরী পায়বা যমরাজগী পাংথক ওইবা, জগৎপু মাঙহল্ তুম্হল্লগে হায়না মৈরিনা নোংমদোন খেৎনা চাক্লক্লবা লম্মৈগী—মতৌগুম্না অর্জ্জুন অসি, নুংমৎনা মশেক মঙাল্ পুদুনা হাইদোরকপগুম্ লালকম্দা চঙশিল্লক্লে ।১৫—১৯॥ অদুগী তুংদা, থোইদোক্লা কল্লবা অর্জ্জুননা, মমাঙদা লৈরিব কৌরব লাম্মী মপৈ অদু ফাওবদা চপ চানা পান্বা-থাবা য়াবা মকম্দা লৈহনা শেম্ শারবা রথগী মথক্তগী দেবদত্ত কৌবা মোইবুং অদু হৌনা খোংবা হৌরক্লে ॥২০॥ মহারাজ! অর্জ্জুননা মোইবুং খোংগৎলকপদু উবদা সারথি ওইরিবা কৃষ্ণসু মাগী পাঞ্চজন্য কৌবা মোইবুং অদু পাঙ্গল থেক্লা—কল্লা খোংলকই ॥২১॥ মহারাজ! কৃষ্ণ—অর্জ্জুন অনীগী মোইবুং অনীগী হৌরবা খোঞ্জেল্ অদু তাবদা কৌরব লাম্মী পুম্নমক অদু মীপুম্ থীংনা থক্ থক্ নীকাখি অকিবা ওুজুংবা পোকখি, অমতা জ্ঞান তাখিদে ॥২২॥ বজ্রগী অমদি অথাক্ অরাউ তাবগী মখোন্দা মী পুম্না মি পাইনবদুগুম্না, অদুক্ য়াম্না কৌরব লাম্মীশিং অদু নিপাইনখি ॥২৩॥ মখোয়-মখোয়গী বাহন শাদোং ওইরিবা শগোল শামুশিং অদু কিবনা থক্ থক্ নীক্তুনা খঙহৌদনা মাংথোক্লখি—মপাম্থোক্তোক্লখি। মতৌ অসি উবদা কৌরব লাম্মী পুম্না কিবনা থক্ থক্ নীকৃখি ॥২৪॥ মহারাজ! মখোয় কনা কনাগুম্বদি কিমন্খিদুনা জ্ঞান মাঙখিদুনা, অশিবমক্তী পাংথক ওইখি। মশা পুম্না লেঙবা ওৎপা ঙম্দনা চোকথ হীকথদুনা লৈনখি ॥২৫॥ অদুদগীদি, মহারাজ! অর্জ্জুনগী কিযাল্ চৈথোক্ মতোন্দা হনুমানগী মূর্ত্তি অদুনা সাক্ষাৎ হনুমানমক্ ওইখিদুনা, ময়া লাওনা কাথোক্তুনা, মী থুদিংগী থম্মোয়দা নিপাইবা থগৎপা পোক্হনদুনা সিংহনাদ কল্লা লাউরকই ॥২৬॥ অদুদগীদি কৌরব মায়কৈরোমদসু পুক্নীং

নানাবাদিত্রসংহ্রাদৈঃ ক্ষ্বেড়িতাস্ফোটিতাকুলৈঃ। সিংহনাদৈঃ সমুৎক্রুষ্টৈঃ সমাধূতৈর্মহারথৈঃ ॥২৮॥
তস্মিন্ সুতুমুলে শব্দে ভীরূণাং ভয়বর্দ্ধনে। অতীবহৃষ্টো দাশার্হমব্রবীৎ পাকশাসনি ॥২৯॥ (যুগ্মকম্)

## অর্জ্জুন উবাচ।

চোদয়াশ্বান্ হৃষীকেশ। যত্র দুর্ম্মর্ষণঃ স্থিতঃ। এতদ্ভিত্ত্বা গজানীকং প্রবেক্ষ্যাম্যরিবাহিনীম্ ॥৩০॥

## সঞ্জয় উবাচ।

এবমুক্তো মহাবাহুঃ কেশবঃ সব্যসাচিনা। অচোদয়দ্ধয়াংস্তত্র যত্র দুর্ম্মর্ষণঃ স্থিতঃ ॥৩১॥
স সম্প্রহারস্তুমুলঃ সংপ্রবৃত্তঃ সুদারুণঃ। একস্য চ বহুনাঞ্চ রথনাগনরক্ষয়ঃ ॥৩২॥
ততঃ সায়কবর্ষেণ পর্জ্জন্য ইব বৃষ্টিমান্। পরানবাকিরৎ পার্থঃ পর্ব্বতানিব নীরদঃ ॥৩৩॥
তে চাপি রথিনঃ সর্ব্বে ত্বরিতাঃ কৃতহস্তবৎ। অবাকিরন্ বাণজালৈস্ততঃ কৃষ্ণধনঞ্জয়ৌ ॥৩৪॥
ততঃ ক্রুদ্ধো মহাবাহুর্বার্য্যমাণঃ পরৈর্যুধি। শিরাংসি রথিনাং পার্থঃ কায়েভ্যোঽপাহরচ্ছরৈঃ ॥৩৫॥
উদ্‌ভ্রান্তনয়নৈর্বক্ত্রৈঃ সন্দষ্টৌষ্ঠপুটৈঃ শুভৈঃ। সকুণ্ডলাশিরস্ত্রাণৈর্বসুধা সমকীর্য্যত ॥৩৬॥

---

থৌগৎনরকপগী মতৌগুম্ পুংশেলনচিংবা যন্ত্রপুম্বা, খোংগৎ-রৈনলকলে ॥২৭॥ কিগনবা-পাণ্ডবশিংগী মকমদা অকিবগী মশক্ ওইববা, কৌরবপক্ষয়োমদগী থোরকলিবা পুংশেলনচিংবা যন্ত্রগী মোইবুং ময়ামগী, অমাদ সিংহনাদগী খোঞ্জেল্ মপৈ অদু তাবদা, অর্জ্জুন মপুক্নাংদা থোইদোক্না হরাউবা মুংঙাইবা পোকখিজ্ঞনা, কৃষ্ণদা অস্মুম্না হায়রকই ॥২৮—২৯॥ "কৃষ্ণ! দুর্ম্মর্ষণনা লৈরিবা অসোমদা রথ থৌজিল্লু। মহাক্না লান্মী মপৈসি নৈথায়রম্লগা কৌরব তেঙ্গোল ময়ামদা চণ্ডশিন্‌খিগে" ॥৩০॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! অর্জ্জুনগী, রা অসি তাবদা সারথি কৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী রথ অদুবু দুর্ম্মর্ষণনা লৈরিবা মায়কৈদোমদা থৌজিনখি ॥৩১॥ মতম্ অদুদা, অমত্তগা ময়ামগা লেংনবা অকিবগী মশক ওইরবা লাঞ্জাও অদু হৌখ্রে। থুদক্তা কৌরবপক্ষগী শগোল শামু খোঙমী মপৈ মপৈ লৈমায়থক্তা হাইপ্‌নখি ॥৩২॥ নোংনা মশীং লাকওমদবা মরীনা লৈমায়থক্তা হৈথ চুথরকপগুম্, অর্জ্জুননা তেলগী মপৈ মপৈবু কৌরবলান্মী মপৈগী মথক্তা হৈথরকলে। ময়ুরবগী লান্মীবু মহাক্না তেক্তনা পূমকুপ কুপ্লুনা থমখ্রে ॥৩৩॥ অদুদগীদি কৌরব পক্ষয়োমদগী হৈরবা কল্লবা মরিল্ লৈরবা রথী মহারথীশিংনসু কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীমকপু তেমা পূম্‌য়োম্ য়োমূহন্‌খ্রে ॥৩৪॥ য়েক্লবশিংনা থিংখিবহু উবদা থোইদোক্না শাউরবা, অর্জ্জুননা থৌর থৌরবাতেল মপৈ মপৈ কাপশিল্লক্লুনা য়েক্লবা রথী কয়া কয়াগী মক্তক্ কক্কক্লুনা লৈমায়থক্তা থাদখি ॥৩৫॥ মণিমুক্তানা থাম্লবা, কুণ্ডলনাইরা লৈতেংলবা, লুহুপ্ কোয়েৎনা লৈতেংলবা অকল্‌বশিংদুগী ককলকপা কোক্‌কী মপৈনা লালকম্ অদু খুরক্ হাণ্ডা়া কুপখ্রে। হকচাংদগী তোঙাম্ তারকাওবদা মমীৎশিং অদু তরাং তরাং পাঙলি। কোক্‌শিং অদুগী মখুংদা মচীমবান্ মথদাং চীক্‌পা, মমা ক্রকক্রক্ চীক্‌পা

পুণ্ডরীকবনানীব বিধ্বস্তানি সমন্ততঃ। বিনিকীর্ণানি যোধানাং বদনানি চকাশিরে ॥৩৭॥
তপনীয়তনুত্রাণাঃ সংসিক্তা রুধিরেণ চ। সংসক্তা ইব দৃশ্যন্তে মেঘসংঘাঃ সবিদ্যুতঃ ॥৩৮॥
শিরসাং পততাং রাজন্! শব্দোঽভুদ্বসুধাতলে। কালেন পরিপক্বানাং তালানাং পততামিব ॥৩৯॥
ততঃ কবন্ধং কিঞ্চিত্তু ধনুরালম্ব্য তিষ্ঠতি। কিঞ্চিৎ খড়্গং বিনিষ্কৃষ্য ভুজেনোদ্যম্য তিষ্ঠতি ॥৪০॥
পতিতানি ন জানন্তি শিরাংসি পুরুষর্ষভাঃ। অমৃষ্যমাণাঃ সংগ্রামে কৌন্তেয়ং জয়গৃদ্ধিনঃ ॥৫১॥
হয়ানামুত্তমাঙ্গৈশ্চ হস্তিহস্তৈশ্চ মেদিনী। বাহুভিশ্চ শিরোভিশ্চ বীরাণাং সমকীর্য্যত ॥৪২॥
অয়ং পার্থঃ কুতঃ পার্থ এষ পার্থ ইতি প্রভো।। তব সৈন্যেষু যোধানাং পার্থভূতমিবাভবৎ ॥৪৩॥
অন্যোন্যমপি চাজঘ্নু রাত্মানমপি চাপরে। পার্থভূতমমন্যন্ত জগৎ কালেন মোহিতাঃ ॥৪৪॥
নিষ্টনন্তঃ সরুধিরা বিসংজ্ঞা গাঢবেদনাঃ। শয়ানা বহবো বীরাঃ কীর্ত্তয়ন্তঃ স্ববান্ধবান্ ॥৪৫॥
সভিন্দিপালাঃ সপ্রাসাঃ সশক্তৃষ্টিপরশ্বধাঃ। সনির্য্যূহাঃ সনিস্ত্রিংশাঃ সশরাসনতোমরাঃ ॥৪৬॥

---

কয়া য়াওরি ॥৩৬॥ শামু লমশানা নৈতহৎলবা থম্বাল্‌শিংনা ঈমায়থক্তা তাউবগুম্ কজ কজবরা, কোক্ ওক্‌শিং অহুনা মায়কৈ পুম্বদা পুমচাই চাইনা তাখি ॥৩৭॥ সনাহৎলবা লালফুরিৎ লীৎপা, ঈনা পুলুপ লুপ্লবা ওক্ য়াওনজ্রবা হকচাংশিং অহু, অমগমগা ঈনা নপশিন্নখিহুনা, মপৈ মপৈ নোংথাংনা মরক গরক্ত কুপকেৎ কাকেৎ ঙাম্নোয়রকপা নোং মতুম্ অমমম্‌গুম্ উরি ॥৩৮॥ মহারাজ! মতম্ চানা মুল্লবা কোনা মহৈশিংনা লৈমায়থক্তা কেনবা মতম্‌দা থোকপা খোম্নোক অহুগা চপ্ মান্নবা কোককী মপৈমপৈনা লৈমায়ৎক্তা প্রোপ প্রোপ তাখি ॥৩৯॥ মতম্ অহুদা, ওক কেনখিবনা হান্দুন ওব্য়াওজ্রবা হকচাং কয়া কয়ানা লেপ্তুনা খুত্তগী লীরুংনচিংবা খুৎলায় থাদোক্তবা য়াওরি। থাঙখুম্‌দগী থাঙ শত্তুনা হাইগৎলকপা মতম্ অহুদা ওক কক্‌খিবনা হান্‌খিহুনা থাঙ অহু অহুম্ হাইগত্তূনা লৈবায়াওরি ॥৪০॥ জয় ওইনিংবা, অর্জ্জুনবু ওম্‌নিংবা, অর্জ্জুনগী মহৈমশিং মপাঙ্গলবু কল্লকপা লাম্মীশিং অহুনা মখোয়গী মঙ্ক-মঙক্লা লৈমায়থক্তা কেনখিবহু মশা মশা মশানা খঙজহোদে ॥৪১॥ অহুগী তুংদা শগোলশাম্নশিংগী রথী সারথি মহারথীশিংগী কেল্লকপা মকোক মপাম্বোম মখুৎশিং অহুনা লালকম্ অহু খুরক হাওদনা পুম্‌কুপ কুপগ্রে ॥৪২॥ মহারাজ! অর্জ্জুননা খুংলৈথুনা মকম্ পুম্বা কোয়ো য়োনা শোক্লবহুনা "অর্জ্জুননি অর্জ্জুনদি"—"অর্জ্জুনদি অসিদা লৈরিবসিনি "আসদস্থু লৈরে" "আসিদস্থু লৈরে" "অসিদস্থু লৈরে"—অসুম্ হায়নহুনা, কৌরব লাম্মীশিংগী মমীত্তা লালকম অহুদা অর্জ্জুনগী অর্জ্জুনমক্তা ওায়গ্রে ॥৪৩॥ কৌরব লাম্মী পুম্নমক অহু মীপুম থীংনা লোইনা ওম্‌হৎনখিহুনা, জগৎ অসি অর্জ্জুনগী অর্জ্জুনমক্তা ওইনা উগ্রে। অহুনা, মখোয় মশেল্‌কাওবা অর্জ্জুনমক্তা ওইনা উনখিহুনা মখোয় মশেল্ অমগমগ পওহাত্ত হাৎনরকলে। মখোয় মশেল্ পওফুত্ত ফুনমকলে ॥৪৪॥ কনা কনাগুম্বনা মশাহু ঈহং নাইহং শাহুনা, ময়াদা ঈ ওহুনা কনা কনাগুম্বনা মখোঙ মখুৎ য়াওদনা অর্জ্জুনগী ভ্রেলগী চৈনাথোক্ খাওবা ওমদহুনা, লৈমায়থক্তা ওম্বোইনা তোংখানাওইনা কপ্পূনা, শাগৈ নাইত্ত-মচীম্মনাওশিংবু কোকোহুনা কপ্পরক্লি ॥৪৫॥ থাঙ-

সবাণবর্ম্মাভরণাঃ সাঙ্গদাঃ সগদা রণে । মহাভুজগসঙ্কাশা বাহবঃ পরিঘোপমাঃ ॥৪৭॥
উদ্বেষ্টন্তি বিচেষ্টন্তি সংবেষ্টন্তি চ সর্ব্বশঃ । বেগং কুর্ব্বন্তি সংরব্ধা নিকৃত্তাঃ পরমেষুভিঃ ॥৪৮॥
( বিশেষকম্ )

যো যঃ স্ম সমরে পার্থং প্রতি সংরভতে নরঃ । তস্য তস্যান্তকো বাণঃ শরীরমুপসর্পতি ॥৪৯॥
নৃত্যতো রথমার্গেষু ধনুর্ব্যায়চ্ছতস্তথা । ন কশ্চিত্তত্র পার্থস্য দদৃশেঽন্তরমণ্বপি ॥৫০॥
যত্তস্য যতমানস্য ক্ষিপ্রং বিক্ষিপতঃ শরান্ । লাঘবাৎ পাণ্ডুপুত্রস্য ব্যস্ময়ন্ত পরে জনাঃ ॥৫১॥
হস্তিনং হস্তিযন্তারমশ্বমাশ্বিকমেব চ । অভিনৎ ফাল্গুনো বাণৈ রথিনঞ্চ সসারথিম্ ॥৫২॥
আবর্ত্তমানমাবৃত্তং যুধ্যমানঞ্চ পাণ্ডবঃ । প্রমুখে তিষ্ঠমানঞ্চ ন কঞ্চিন্ন নিহন্তি সঃ ॥৫৩॥
যথোদয়ন্ বৈ গগনে সূর্য্যো হন্তি মহত্তমঃ । তথার্জ্জুনো গজানীকমবধীৎ কঙ্কপত্রিভিঃ ॥৫৪॥
হস্তিভিঃ পতিতৈর্ভিন্নৈস্তব সৈন্যমদৃশ্যত । অন্তকালে যথা ভূমির্বিনিকীর্ণা মহীধরৈঃ ॥৫৫॥
যথামধ্যন্দিনে সূর্য্যো দুষ্প্রেক্ষ্যঃ প্রাণিভিঃ সদা । তথা ধনঞ্জয়ঃ ক্রুদ্ধো দুষ্প্রেক্ষ্যো যুধি শত্রুভিঃ ॥৫৬॥

---

তা, নুংগুক, য়োচ্ছুক, শীওজং থাওশাং লীরুং তেল গদানচিংবা খুংলায়বু থাদোকত্রিবা, সনা লুপামা থাম্রবা তাল্কেয়ূরনচিংবনা লৈতেংলবা, চাউরবা শিলগী মতৌগুম্বা পাম্বোমশিং অহু হকচাদগী তোঙান তোঙান্না তান্নকাওবদা, লেপ্তিঙ-ওংলি, থক থক্ নীক্তূনা চোংথংলকলি । ॥৪৬-৪৮॥ অর্জ্জুনগী মাঙদা, মায়কৈয়েমদা হেক চেলশিল্লবা মী অহুগী মশাদ', অর্জ্জুনগী থৌরবা তেন্না, যমরাজনা হোচ্চিন্ পাইশিন্‌খিবগুম্ থূম্না-থূম্না চঙশিনখি ॥৪৯॥ অর্জ্জুনন' লৈনা লৈনা জগোইশাবগুম্ লীরী কন্না কন্না চিংহুনা কাপলকপা মতম্‌সিদা কৌরব লাম্মী কনা অমত্তনা অর্জ্জুনগী মশাদা তেন্না থাননবগী অহাংবা-অহোবহু উবা ফংখিদে ॥৫০॥ অর্জ্জুননা মখোয় পূম্ববু অয় তৌগে হায়না খন্দুনা য়াম্না চোকশিন্না খুকাপ থূনা কাপশিল্লকপসি উবদা কৌরব লাম্মী পূম্নমক্ পুম্ঙক্ ঙক্লখি ॥৫১॥ অর্জ্জুননা অমুক্ত কাপখিবা তেল অমমম্না শগোল, শগোল-তোংবা লাম্মী রথী সারথি খোঙমী লৈমায়থক্ত মপৈ মপৈ তুহল্লক্লে ॥৫২॥ মাজিগী নুমিত্তা অর্জ্জুননা শোক্লখিবদি, মমাঙৈদা মাগী মাঙদা অমুক্ লাক্প্রবা, মহাক্কা শোক্লবদা মাম্বীবা কংহুনা চেন্‌থ্রবা, মহাকপু উবদা হন্‌থ্রবা, মখোয়শিং অহুগী মথুংদগী অর্জ্জুননা কনা অমত্তবু থাক্পা তৌখিদ্রে ( মমাঙৈদদি অহুম্ তৌরম্‌দে ) ॥৫৩॥ নুমিংকী মঙাল্লা অমম্বা মপৈমু মাঙহন্‌বহুগুম্না অর্জ্জুনন' তেস্তনা য়েন্নবা মপৈ মপৈবু মাঙহন্‌থা হৌরকলে ॥৫৪॥ প্রলয়গী মতম্‌দা শীংলকপা নোং মুংশিংনা চীঙহুম্ মপৈ মপৈবু হাইহত্তুনা, কীহহন্দুনা পৃথ্বী লৈমায়থক্পু কুপশিনহনখিহুগুম্না অর্জ্জুনগী তেন্না পান্‌বদা থাবাদা তুথরক্পা শগোল শামু মপৈ মপৈনা কৌরব লাম্মী তেজোন্মু পূম্‌কুপ কুপথ্রে ॥৫৫॥ নুমিং চপ য়ুংবা মতম্‌গী নুমিংলোমদা কনা অমত্তনা মমীৎ পাঙথোক্তুনা হন্নংনা য়েংবা ঙমদবহুগুম্ন কৌরব লাম্মী কনা অমত্তনা, অর্জ্জুনলোম্‌দা হংগৎনা য়েংবা ঙম্মখিদ্রে মতম্ অসিদা, মহারাজ । নচা ঈবুঙো দুর্য্যোধন অসি অর্জ্জুনগী তেন্না পান্‌বদা শাখিনা শোক্তুনা

তত্তথা তব পুত্রস্য সৈন্যং যুধি পরন্তপ ।। ভ্রমত্যং ভ্রমমাবিষ্টমতীব শরপীড়িতম্ ।৫৭।
শারদ্বতেনেব মহতা মেঘানীকং মাদীর্য্যত । প্রকালয়ানং তৎ সৈন্যং নাশকৎ প্রতিবীক্ষিতুম্ ।৫৮।
প্রতোদৈশ্চাপকোটীভিহুঙ্কারৈঃ সাধুবাহিতৈঃ । কশাপাঞ্চ্যভিঘাতৈশ্চ বাগ্ভিরুগ্রাভিরেব চ ।
চোদয়ন্তো হয়াস্তূর্ণং পলায়ন্তে স্ম তাবকাঃ ।৫৯।
সাদিনো রথিনশ্চৈবং পত্তয়শ্চার্জ্জুনার্দিতাঃ । পাঞ্চ্যঙ্গুষ্ঠাঙ্কুশৈর্নাগাংশ্চোদয়ন্তস্তথাপরে ।৬০।
শরৈঃ সম্মোহিতাশ্চান্যে তমেবাভিমুখা যযুঃ । তব যোধা হতোৎসাহা বিভ্রান্তমনসস্তদা ।৬১।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে দুর্ম্মর্ষণপরাজয়ে ষট্সপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ।০। *

---

চৈনা খাণ্ডবা ভমুদন্নুনা হন্দোকপ্রে ॥৫৭॥ নুংশিৎনা নোং মতুম্ মতুম্ পাইথোকহনখিবদুগুম্না অর্জ্জুনগী তেন্না পানবদা, কৌরব লাম্মী পুম্বা পুম্চাই চাইনা কায়থ্রে। অদুনা অর্জ্জুনগী তেন্না অমুক্কং পানগ্রবা মীদো অর্জ্জুনলোমদা মমায় ওনশিন্নকপা মরৈত্রে ॥৫৮॥ অদুগী তুংদা খুংগু খুংলায়গী মচেৎনা লীরুংগী মরুংনা, খোঙগী খুনিংনা খিন্খিন্দুনা শগোলশিং শামুশিং অদুবু থীনা চৈচৈন্নুনা তোংখৎনন্নুনা কৌরব লাম্মী পুম্বা লাল্কম্দগী চেন্নখ্রে ॥৫৯॥ শামু তোংবা লাম্মীশিংনা অদুগা মউৎশিংনা মাগী মাগী শামুবু খুনিংনা, শাজেনা অদুগা শামু কাতীনা খিন্খিন্দুনা চেন্নরক্লে। রথী-খোঙমীশিংসু মশীং লাকওমদনা চেন্নরকলে ॥৬০॥ অদুবু, মহারাজ! অর্জ্জুনগী তেন্না পানবদা ঈহং নাইহং শায়বা, নীঙবা কায়রবা, মশা চোকথরবা কৌরব লাম্মীশিং অদু অান ঈতা তাদনা, অঙাওবগুম্না অর্জ্জুনলোমদা অদুম্ চেন্শিল্লি ॥৬১॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মমুংদা দুর্ম্মর্ষণ পরাজয়গী হুন্ফুতরাতরুক্ শুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

# শ্রীমহাভারতম্

## সপ্তসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ।

হুন্ধ্,তরাতরেৎশুবা অধ্যায়ঃ ।

( দুঃশাসননা মায়থীবা )

—ঃ(০)ঃ—

### ধৃতরাষ্ট্র উবাচ ।

তস্মিন্ প্রভগ্নে সৈন্যাগ্রে বধ্যমানে কিরীটিনা । কে নু তত্র রণে বীরাঃ প্রত্যুদীয়ুর্ধনঞ্জয়ম্ ।১।

আহোস্বিচ্ছকটব্যূহং প্রবিষ্টা মোঘনিশ্চয়াঃ । দ্রোণমাশ্রিত্য তিষ্ঠন্তি প্রাকারমকুতোভয়াঃ ।২।

### সঞ্জয় উবাচ ।

তথার্জ্জুনেন সংভগ্নে তস্মিংস্তব বলেঽনঘ । । হতবীরে হতোৎসাহে পলায়নকৃতক্ষণে ।৩।

পাকশাসনিনাভীক্ষ্ণং বধ্যমানে শরোত্তমৈঃ । ন তত্র কশ্চিৎ সংগ্রামে শশাকার্জ্জুনমীক্ষিতুম্ ।৪।
(যুগ্মকম্)

ততস্তব সুতো রাজন্ । দৃষ্ট্বা সৈন্যং তথাগতম্ । দুঃশাসনো ভৃশং ক্রুদ্ধো যুদ্ধায়ার্জ্জুনমভ্যযাৎ ।৫।

স কাঞ্চনবিচিত্রেণ কবচেন সমাবৃতঃ । জাম্বূনদশিরস্ত্রাণঃ শূরস্তীব্রপরাক্রমঃ ।৬।

নাগানীকেন মহতা গ্রসন্নিব মহীমিমাম্ । দুঃশাসনো মহারাজ । সব্যসাচিনমাবৃণোৎ ।৭।
(যুগ্মকম্)

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায় ঃ—সঞ্জয় । অর্জ্জুননা তান্‌খায়হনা চেন্নরক্লবা মতম্‌সিদা কৌরব ভেজোলগী কয়ম্ কয়ম্ব। অকনবশিংনা অর্জ্জুনগী মাঙদা লেপখিবগে ? ॥১॥ নত্রগা, মখোয়না নীঙবা কায়হনা দ্রোণগী শকটব্যূহ অন্থগী; মন্নুংদা চঙশিন্‌খিহনা, নীঙঙাইবা লৈতনা লৈখোকখিবরা ? সঞ্জয়না হায় ঃ—মহারাজ । অর্জ্জুননা মতৌ অসুম্না হাক্চিন্নরুবা মতম্‌সিদা কৌরব লান্মী অমাম্বা শম্‌জিকাংনা কায়হনা চেন্নরে । শাউখিবনা, অর্জ্জুননা মখোয়বু তাম তাম হাৎপা হৌরকলে । কনা অমতনা অর্জ্জুনলোমদা হন্নমক্তা লেংবা ঙমখিদ্রে ॥৩—৪॥ মহারাজ । মতম্ অদুদা, লাম্মাশিনা কায়হনা চেন্নবহু উবদা, শাউখিবনা দুঃশাসননা মখৌনা মরিল ফুদোক্তুনা, অর্জ্জুন তম্না চেল্‌শিল্লি ॥৫॥ মহারাজ । সনা হৎলবা লাঙ্গুরিৎ লীৎপা, মকোক্তা সনাগী লুহুপ-উপা মপাঙল মখৌনা খোইদোক্লা লৈরবা, দুঃশাসন অসি জগৎপুম্বা য়োৎলগে হায়বগী মতাঙ্গম্, চাউরবা শামু তেলোল অমগা লোয়ননা চঙশিন্নরক্তুনা অর্জ্জুনবু মায়কৈ মরিমক্তা কোয়শিন্‌খে ॥৬—৭॥

হ্রাদেন গজঘণ্টানাং শঙ্খানাং নিনদেন চ। জ্যাক্ষেপনিনদৈশ্চৈব বিরাবেণ চ দন্তিনাম্ ॥৮॥
তূর্য্যাণাঞ্চ শব্দেনাসীৎ সমাবৃতম্। স মুহূর্ত্তঃ প্রতিভয়ো দারুণঃ সমপদ্যত ॥৯॥
(যুগ্মকম্)

তান্ দৃষ্ট্বাপততস্তূর্ণমঙ্কুশৈরভিচোদিতান্। ব্যালম্বহস্তান্ সংরব্ধান্ সপক্ষানিব পর্ব্বতান্ ॥১০॥
সিংহনাদেন মহতা নরসিংহো ধনঞ্জয়ঃ। গজানীকমমিত্রাণামভিতো ব্যধমচ্ছরৈঃ ॥১১॥
(যুগ্মকম্)

মহোর্ম্মিণ ইবোদ্ধূতাঃ শ্বসনেন সমীরিতাঃ। ধনঞ্জয়শরোদ্বিগ্নাঃ পলায়ন্তো বভুর্গজাঃ ॥১২॥
মহোর্ম্মিণমিবোদ্ধূতং শ্বসনেন মহার্ণবম্। কিরীটী তদ্গজানীকং প্রাবিশন্মকরো যথা ॥১৩॥
কাষ্ঠাতীত ইবাদিত্যঃ প্রতপন্ যুগসংক্ষয়ে। দদৃশে দিক্ষু সর্ব্বাসু পার্থঃ পরপুরঞ্জয়ঃ ॥১৪॥
খুরশব্দেন চাশ্বানাং নেমিঘোষেণ তেন চ। তেন চোৎক্রুষ্টশব্দেন জ্যানিনাদেন তেন চ ॥১৫॥
নানাবাদিত্রশব্দেন পাঞ্চজন্যস্বনেন চ। দেবদত্তস্য ঘোষেণ গাণ্ডীবনিনদেন চ ॥১৬॥
মন্দবেগতরা নাগা বভূবুস্তে বিচেতসঃ। শরৈরাশীবিষস্পর্শৈর্নির্ভিন্নাঃ সব্যসাচিনা ॥১৭॥
(বিশেষকম্)

---

শামুশিংগী মঙকৃশমদা শিরিবা শরীকশিং অতুগী মখোন্না মোইবুংশিংগী খোঞ্জেন্না, লীরী খীংবগী মখোন্না, শামুশিংনা খোংবগী খোন্থাং মনিন্না খোঙমী লান্মীশিংনা লাউরকপগী খোঞ্জেন্না, আকাশ পাতাল পূম্‌নিন্ নিন্‌থ্রে। থোইদোক্না তমখিরবা থৌদোক অমা ওইথ্রে ॥৮—৯॥ মনাতোল শাংন শাংনা থাদরবা, শামুকাতী কম কম্না থারবা শামুলিশিং লিশিংনা খুজীং ওইহনা চেল্‌-শিল্লকপহ্নু, মথৌনা লৈরবা অর্জ্জুননা থোর থোরবা তেন্না মখোয় অহুবু অমুমুক্ত মপৈ অমমম্ হাংপা হৌরকলে ॥১০—১১॥

মতম্ অতুদা নুংশিৎনা হুম্‌দোক্লবা, সমুদ্রগী রাং চাউর চাউরবা ঈথককী মতৌগুম্রবা শামুশিং অহুনা অর্জ্জুনগী তেলগী চৈনাখোল কংবদা মমায় ওন্ ওন্দুনা চেন্নরকলে ॥১২॥ অতুদগীদি কুম্ভীরনা ঙংদুনা শাউদুনা ঈথক্ ইপোম্না থল্লবা ঈপাকনুংদা চোংশিনখিবগুম্ অর্জ্জুননা শামু ভেঙ্গোল মরক্ অহুদা চোংশিন্খি ॥১৩॥ মতম্ অহুদা থোইদোক্ন শাউবা, মায়গৈ সলাই খণ্ডনা চাকশিল্লক্‌প প্রলয়গী সুমিৎ কুম্বা অর্জ্জুননা থুনা রাঙনা, মকম্ পুম্বা পূময়ৌ য়ৌনা শোক্নরকপহ্নুদা অউবশিংনা মহাকপু মতম্ অমতদা মকম্ তোঙাল্ তোঙান্‌বদা চপ মান্নবা উবা ফংখি ॥১৪॥ অর্জ্জুনগী রথগী শগোলশিংগী মখোঙনা লৈমায়থক্ক নেৎপগী মখোন্না, চাকাগা লৈবান্না তক্লবগী মখোন্না, সিংহনাদ লাউরকপগী খোঞ্জেন্না, লীরী খীঙবগী মখোন্না, দেবদত্ত মোইবুংগী খোঞ্জেন্না গাণ্ডীব লীরুংনা ঙংলকপগী মখোন্না, পুংশেলযন্ত্রশিংগী মখোন্না অহুগা সারথি কৃষ্ণগী পাঞ্চজন্য কৌবা মোইবুংগী মখোন্না—শামুশিং অহুগী পাজল অহু মথং মথং শোন্থখ্রে।

তে গত্বা বিশিখৈস্তীক্ষ্ণৈর্দ্যুবি গাণ্ডীবচোদিতৈঃ। অনেকশতসাহস্রৈঃ সর্বাস্তেষু সমর্দিতৈঃ ॥১৮॥
আরাবং পরমং কৃত্বা বধ্যমানাঃ কিরীটিনা। নিপেতুরনিশং ভূমৌ ছিন্নপক্ষা ইবাদ্রয়ঃ ॥১৯॥

(যুগ্মকম্)

অপরে দন্তবেষ্টেষু কুম্ভেষু চ কটেষু চ। শরৈঃ সমর্পিতা নাগাঃ ক্রৌঞ্চবদ্ব্যনদন্ মুহুঃ ॥২০॥
গজস্কন্ধগতানাঞ্চ পুরুষাণাং কিরীটিনা। ছিদ্যন্তে স্মোত্তমাঙ্গানি ভল্লৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ ॥২১॥
সকুণ্ডলানাং পততাং শিরসাং ধরণীতলে। পদ্মানামিব সংঘাতৈঃ পার্থশ্চক্রে নিবেদনম্ ॥২২॥
যন্ত্রবদ্ধা বিকবচা ব্রণার্ত্তা রুধিরোক্ষিতাঃ। ভ্রমৎসু যুধি নাগেষু মনুষ্যা বিললম্বিরে ॥২৩॥
কেচিদেকেন বাণেন সুমুক্তেন পতত্রিণা। দ্বৌ ত্রয়শ্চ বিনির্ভিন্না নিপেতুর্ধরণীতলে ॥২৪॥
অতিবিদ্ধাশ্চ নারাচৈর্বমন্তো রুধিরং মুখৈঃ। সারোহা ন্যপতন্ ভূমৌ দ্রুমবন্ত ইবাচলাঃ ॥২৫॥
মৌর্ব্বীং ধনুর্ধ্বজঞ্চৈব যুগমীষাং তথৈব চ। রথিনাং কুট্টয়ামাস ভল্লৈঃ সন্নতপর্বভিঃ ॥২৬॥
ন সন্দধন্ন চাকর্ষন্ ন বিমুঞ্চন্ ন চোদ্বহন্। মণ্ডলেনৈব ধনুষা নিত্যং পার্থঃ স্ম দৃশ্যতে ॥২৭॥

---

জান তারক্তে, অশিবগী পাংথক ওইনশ্রে ॥১৫—১৭॥ অর্জুনগী গাণ্ডীবদগী পাইথোরকপা তেল মপৈশিং অহুনা মথাদা থুম্না থুম্না পানবহুদা, শামুশিং চৈনা থাওবা ওম্‌দহুনা ও-ও খোং খোংহুনা লাউরম্লগা মপৈ মপৈ. বজ্রনা মশা ককথ্রবা চীঙহুম্ মপৈ মপৈগী মতৌগুম্‌ন, লৈমায়থক্তা হাইথুনখি ॥১৮—১৯॥ কয়ি কয়িগুম্বা শামুনা অর্জুনগী তেম্না মকোক্তা, চায়রুংদা নাকথংদা থুম্ন থুম্না পানবা তান্নু থংগোঙ্‌ম্না অতৎ অথম্ লৈতনা, অয়া অনাগী খোল্লাউ লাউনখি ॥২০॥ অর্জুননা থৌর থৌরবা তেম্না শাম্‌ মথক্ত তোংলিবা লাম্মীশিং অহুগী মণ্ডক অহু ককককুনা লৈমায়থক্তা থাদখি ॥২১॥ কুণ্ডল নাইনগা লোইনরবা মণ্ডকশিং অহু কেন্‌কেন্দুনা লৈমায়থক্তা তাখি। মখোয়হুনা তারক তারকপগা, অর্জুননা মখোয় অহু পৃথ্বী মাতা ভূমিদেবীদ খুদোন্‌গী মশক ওইনা সংকল্প তৌতৌহুনা কৎখি ॥২২॥ শামুশিং অহুনা শিঙম নাওম্‌দনা খুরোই ওম্‌লোই চেল্লকপা মতম্‌দা, মখোয়গী মথক্তা তোংলম্বা লাম্মী-মউৎনচিংবহু মশা ঈহং নাইহং শানা শামু মথক্তগী তায়বোত্তা-কয়িদা লোশিন্দুনা থ্রাক থ্রাক য়াম্বহুনা লৈরি ॥২৩॥ তেম্মৈ-তেম্না-য়েম্বু পানবা থৌর থৌরবা তেম্না থ্ম্না থাবদা অমুমুক্তা মী অনীনী অহুম্-অহুম্ লৈমায়থক্ত হাই-থ্নরকলি ॥২৪॥ কয়ি কয়িগুম্বা শামুনা, অর্জুনগী য়েত্ম্ম্ মচীন্ শাবা তেম্না পান্‌বদা, মম্নাদা ঈ হাথহুনা, উজাওশিংগা লোয়ননা চীঙহুম্ অমময়া কাম্বরকপগুম্, লৈমায়থক্তা থয়োমালো ওন্দুনা হাইথ্নরকলি ॥২৫॥ অহুগী তুংদা অর্জুননা, তামচীনশাবা থৌর থৌরবা তেম্না রথীশিংগী লীরুং তেল্ তেল্দোং, অহুদগী হেন্দোক্ন্না, রথগী চাক্কা চাকলেন্ অসি পুম্নমক ককথৎ ককথৎতুনা মচেৎ মচেৎ পাইথোকহন্‌খি ॥২৬॥ করম্বা মতম্দা অর্জুননা লীরী হাপখিবা, করম্বা মতম্দা তেল্দোংদগী তেল্ শৎখিবা, করম্বা মতম্‌দা তেল্না থোংহুনা, লীরী চিংহুনা কাপ্লোকখিবা

অভিবিদ্ধাশ্চ নারাচৈর্গজাস্তে রুধিরং মুখৈঃ　　মুহুর্ত্তান্নিপতন্তস্তে বারণা বসুধাতলে ॥২৮॥
উৎবিভাজ্যগণেয়ানি কবন্ধানি সমন্ততঃ।　　অদৃশ্যন্ত মহারাজ। তস্মিন্ পরমসঙ্কুলে ॥২৯॥
সচাপাঃ সাঙ্গুলিত্রাণাঃ সখড়্গা সাঙ্গদা রণে।　　অদৃশ্যন্ত ভুজাশ্ছিন্না হেমাভরণভূষিতাঃ ॥৩০॥
সুপস্করৈরধিষ্ঠানৈরীষাদণ্ডকবন্ধুরৈঃ　　চক্রৈর্বিমথিতৈরক্ষৈর্ভগ্নৈশ্চ বহুধা যুগৈঃ ॥৩১॥
চর্ম্মচাপধরৈশ্চৈব ব্যবকীর্ণৈস্ততস্ততঃ।　　স্রগ ভিরাভরণৈর্বস্ত্রৈঃ পতিতৈশ্চ মহাধ্বজৈঃ ॥৩২॥
নিহতৈর্বারণৈরশ্বৈঃ ক্ষত্রিয়ৈশ্চ নিপাতিতৈঃ।　　অদৃশ্যত মহী তত্র দারুণপ্রতিদর্শনা ॥৩৩॥
(বিশেষকম্)

এবং দুঃশাসনবলং বধ্যমানং কিরীটিনা।　　সংপ্রাদ্রবন্মহারাজ। ব্যথিতং সহনায়কম্ ॥৩৪॥
ততো দুঃশাসনস্ত্রস্তঃ সহানীকঃ শরাদ্দিতঃ।　　দ্রোণং ত্রাতারমাকাঙ্ক্ষন্ শকটব্যূহমভ্যগাৎ ॥৩৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্বণি
জয়দ্রথবধে দুঃশাসনপরাভবে সপ্তসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

অসি পুন্নমকসি কনা অমতনা উবা—হায়বা ওয়খিদে। অউবশিংনা উনখিবা হায়ববু কোয়রপ কোয়না লৈবা লীরুং পরেং মশা অমতগী মসুংদা অর্জ্জুন লৈ হায়বা অসিতনি ॥২৭॥ শামু মপৈ মপৈনা অমুমুক্ত অর্জ্জুনগী নারাচ কৌবা তেন্না পানবদা মথ্বাই য়াওদনা মৈমায়থক্ত হাইথ্নখি ॥২৮॥ মহারাজ! মীকুপ অমগী মসুংদা, কোক্ ওক্ য়াওক্রবা হকচাংশিং অদুনা অমগমগা থেন-ওানদুনা য়ুংয়ুংদুনা লৈনখি ॥২৯॥ খুখাও-খুদোপ শিরবা, থাওশাং থাদোকক্রিবা তায়চিংবা লৈতেং ঈকায় কায়দ্রিবা, চাউর চাউরবা পাম্বোমশিংনা লালকম লৈমায়থক্ত তাদুনা লৈবত্ত উখি ॥৩০॥ নৈহৎপ্রবা, মচেৎ মচেৎ থোক্না তেকায়রবা, রথগী চাদা অম্বারী, কমুকমু, চাকলেন-পোৎপু, চাকাগী ধরা (ধোরা), মতৎ মতৎ থদৎপ্রবা, ঈহং নাইহং শারবা, ঈনা পুম্-লুপ লুপ্পবা, লীরুংগা লোয়নরবা খুৎ পাম্বোম্, মতৎ মতৎ তৎলবা সনরীক পরেং,-লৈপরেং, মমল য়ায়বা মণিমুক্তা হৎলবা কীজোল-কিমচেৎ মচেৎ, উকুলতনা নৈখাইপ্রবা কিরালগী কি অমদি চৈখোক,শা অশেঘদৌনা মচেৎ তারবা শগোল শামুশিংগী মশা, কল্লবা ক্ষত্রিয়শিংগী হকচাং অসিমক্তনা কুরুক্ষেত্র কৌবা লালকম্ অদু অকিবগী মশক্ লৌখি ॥৩১—৩৩॥ অসুম্না অর্জ্জুননা তকশিল্লকপা নৈখায়রকপসি উবদা দুঃশাসন অসি মাগী লাম্নীশিংগা লোয়নন। হৌদুনা চেন্থ্রে। দ্রোণনা মাগী মথ্বাই কন্বিগনি হায়বগী আশাদা, অর্জ্জুনগী তেন্না পান্বদা ঈহং নাইহং শারবা দুঃশাসন অসি দ্রোণনা শাব্রিবা শকট বেহ অদুগী মসুংদা হোচ্চিনথ্রে ॥৩৫॥

মকমু, অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মসুংদা দুঃশাসন পরাজয়গী হন্দ্ৰুতরাতরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

# শ্রীমহাভারতম্

## অষ্টসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ

হুন্ক্তরানিপালগুবা অধ্যায়

( অর্জ্জুননা দ্রোণদগী লান্‌শিন্‌থিবা )

——:*:——

### সঞ্জয় উবাচ ।

দুঃশাসনবলং হত্বা সব্যসাচী মহারথঃ । সিন্ধুরাজং পরীপ্সন্ বৈ দ্রোণানীকমুপাদ্রবৎ ॥১॥
স তু দ্রোণং সমাসাদ্য ব্যূহস্য প্রমুখে স্থিতম্ । কৃতাঞ্জলিরিদং বাক্যং কৃষ্ণস্যানুমতেঽব্রবীৎ ॥২॥
শিবেন ধ্যাহি মাং ব্রহ্মন্ ! স্বস্তি চৈব বদস্ব মে । তব প্রসাদাদিচ্ছামি প্রবেষ্টুং দুর্ভিদাং চমূম্ ॥৩॥
ভবান্ পিতৃসমো মহ্যং ধর্ম্মরাজসমোঽপি চ । তথা কৃষ্ণসমশ্চৈব সত্যমেতদ্ব্রবীমি তে ॥৪॥
অশ্বত্থামা যথা তাত ! রক্ষণীয়স্ত্বয়ানঘ ! । তথাহমপি তে রক্ষ্যঃ সদৈব দ্বিজসত্তম । ॥৫॥
তব প্রসাদাদিচ্ছেয়ং সিন্ধুরাজানমাহবে । নিহন্তুং দ্বিপদাং শ্রেষ্ঠ ! প্রতিজ্ঞাং রক্ষ মে প্রভো ! ॥৬॥

### সঞ্জয় উবাচ ।

এবমুক্তস্তদাচার্য্যঃ প্রত্যুবাচ স্ময়ন্নিব । মামজিত্বা ন বীভৎসো ! শক্যো জেতুং জয়দ্রথঃ ॥৭॥
এতাবদুক্ত্বা তং দ্রোণঃ শরব্রাতৈরবাকিরৎ । সরথাশ্বধ্বজং তীক্ষ্ণৈঃ প্রহসন্ বৈ সসারথিম্ ॥৮॥

---

সঞ্জয়না হায় ঃ— মহারথী অর্জ্জুননা দুঃশাসনগী লান্মী মপৈবু চাইথাইগনা হাত্তোক্ন্না, জয়দ্রথবু কংগে কাগে হায়রবগীদমক দ্রোণনা শাবিবা বেহ্হুগী মমুংদা চত্তশিন্‌ত্রে ॥১॥ বেহ্হুগী মচীন্‌দা লৈরম্বা দ্রোণবু উবদা অর্জ্জুনন', কৃষ্ণগী য়াকা মতুংইন্না খুৎলোন্নহনা দ্রোণদা অসুম্না হায়রকই—॥২॥ গুরুদেব ! ব্রাহ্মণ ! ঐবু চানবিদুনা—"মঙ্গল ওইয়ু" হায়না আশীর্ব্বাদ পীন-বিয়ু । গুরুদেবগী, কৃপাদগী, গুরুদেবগী—বেহ্হ অসি থ্‌গাইদুনা চত্তগে হায়না খল্লরি ॥৩॥ গুরুদেবদি ঈপামক্না অমানি, ঈকায়খুম্নকম্ থোক্পদা য়াম্মুং ধর্ম্মরাজগা অমহানি । মুংশিজবদম্ব ঐত্তোন্দদি কৃষ্ণগা অমহানি । ঐনা হংগচ্চরিবসে—অচুম্বনি ॥৪॥ "অদুনা ঈপাশক্লবা ! হে ব্রাহ্মণ ! গুরুদেব ! অশ্বত্থামাবু কন্‌বিকম্ থোক্পা অতুগুম্না গুরুদেবনা ঐবুসু কনবিকম থোক্ই ॥৫॥ অদুনা, তাইবং মীগী মথু'দা অথোইবা ! ঐ গুরুদেবগী কৃপাদগী জয়দ্রথবু হাৎকে হায়না খল্লরি । গুরুদেব ! ঐগী ৱাশক্ অসি কাম্নহন্‌বিগনু ॥৬॥ সঞ্জয়না হায় ঃ— মহারাজ !! অসুম্না অর্জ্জুননা হায়রক্পসি তাবদা, দ্রোণাচার্য্যনা মোমোন্নোক্ন্না অসুম্না হায়রক্ই ঃ— অর্জ্জুন ! নহাক্ ঐবু তম্মন্দনা জয়দ্রথবু হাৎপা থক্ য়াম্মোই—তম্মোই"—॥৭॥ অসি হায়না

ততোঽর্জ্জুনঃ শরজ্বালান্ দ্রোণস্যাচার্য্য সায়কৈঃ। দ্রোণবক্ত্রচ্যবদাণৈর্ঘোররূপৈর্মনোজবৈঃ ॥৯॥
বিব্যাধ চ রণে দ্রোণমনুমান্য বিশাংপতে। ক্ষত্রধর্ম্মং সমাস্থায় নবভিঃ সায়কৈঃ পুনঃ ॥১০॥
তস্যেষুনিষুভিশ্ছিত্বা দ্রোণো বিব্যাধ তাবুভৌ। বিষাগ্নিজ্বলিতপ্রখ্যৈরিষুভিঃ কৃষ্ণপাণ্ডবৌ ॥১১॥
ইয়েষ পাণ্ডবস্তস্য বাণৈশ্ছেত্তুং শরাসনম্। তস্য চিন্তয়তস্ত্বেব ফাল্গুনস্য মহাত্মনঃ ॥১২॥
দ্রোণঃ শরৈরসংভ্রান্তো জ্যাং চিচ্ছেদাশু বীর্য্যবান্। বিব্যাধ চ হয়ানস্য ধ্বজং সারথিমেব চ ॥১৩॥
(যুগ্মকম্)
অর্জ্জুনঞ্চ শরৈর্বীরঃ স্ময়মানোঽভ্যবাকিরৎ। এতস্মিন্নন্তরে পার্থঃ সজ্যং কৃত্বা মহদ্ধনুঃ ॥১৪॥
বিশেষয়িষ্যন্নাচার্য্যং সর্ব্বাস্ত্রবিদুষাং বরম্। মুমোচ ষট্শতান্ বাণান্ গৃহীত্বৈকমিব দ্রুতম্ ॥১৫॥
(যুগ্মকম্)
পুনঃ সপ্তশতানন্যান্ সহস্রঞ্চানিবর্ত্তিনাম্। চিক্ষেপাযুতশশ্চান্যাংস্তেঽঘ্নন্ দ্রোণস্য তাং চমূম্ ॥১৬॥
তৈঃ সম্যগস্তৈর্বলিনা কৃতিনা চিত্রযোধিনা। মনুষ্যবাজিমাতঙ্গা বিদ্ধাঃ পেতুর্গতাসবঃ ॥১৭॥

---

লোইরম্ লোইকাস্তনা দ্রোণনা তেস্তনা নোংচুবগুম্ কাপশিল্লক্তুনা শগোল-রথ-সারথি কৃষ্ণগা লোয়ননা অর্জ্জুনবু তেন্না পুমুয়োম্ য়োম্‌হনখ্রে ॥৮॥ অদুগী তুংদা অর্জ্জুনসু তেল মপৈ মপৈনা দ্রোণনা কাপল্লক্লিবা তেল ময়াম্ অদুবু মখা তাবা য়াদনা থিংদুনা থমখি। অদুদগীদি অর্জ্জুননা অাকবগী মশক্ কংলবা; পুক্নীংগী মতৌগুম্না য়াঙ্‌লবা, থৌর থৌরবা তেন্না দ্রোণদা শাথিনা চৈনা পীবা হৌরক্লে ॥৯॥ মহারাজ। অদুদগী অর্জ্জুননা গুরুগী সম্মান কায়দনা, তেল মাপন্না অদুক্ য়াম্না কন্দনা দ্রোণগী থক্তীন্দা তাখি ॥১০॥ অদুগী তুংদা, দ্রোণনসু অর্জ্জুনগী তেল ময়াম্ অদুবু ককৃথৎলগা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক্তা অমমমদা মহূপূরবা লিলগী মতৌগুম্বা তেল অনীনা কন্না থাখি ॥১১॥ অর্জ্জুননা দ্রোণগী লীরুংবু কৎথৎকে হায়না হেক্ নীঙলকৃপা হোৎনরকৃপা মতম্ অদুদা, হল্লবা, তপ্‌থরবা হৈরবা দ্রোণাচার্য্যনা অর্জ্জুনগী লীরী অদু ককৃথৎলগা, শগোল, কীয়াল অমদি সারথি কৃষ্ণদা থৌরবা তেন্না থূম্না থূম্না থাখি ॥১২—১৩॥ কল্লবা দ্রোণনা নোকৃমি নোকৃমি তৌনা-তৌনা, থৌর-থৌরবা তেলগী মপৈনা অর্জ্জুনগী মশা পূম্বা পুমুয়োম্ য়োম্‌হনখ্রে। মতম্ অদুদা অর্জ্জুননা গাণ্ডীবদা লীরী তংহাপ হাপ্তুনা, মশাগী খুৎথুবা-হৈবা অদুগা দ্রোণ মশামক্তগী অর্জ্জুন হায়বসিনা কন্না য়াম্না হেনবগে হায়বদু উৎলগে থন্দুনা তেল চাক্রুকপু অমুক্তদা তেল অমতগুম্ তেংগা থোংদুনা দ্রোণদা কাপলক্লে ॥১৪—১৫॥ অদুদগী অমুক, তেল চাক্রেৎপু অমুক্তদা কাপশিল্লক্লবা তুংদা, মতুংদদি লিশিং লিশিং লখা লখানা খুজিং ওইদুনা কন্না কন্না কাপশিল্লক্তুনা দ্রোণগী লান্মী পুম্নমক্ তুম্না হাৎপা হৌরক্লে। ॥১৬॥ লান্দা মপালৈতনা হৈরবা, পাইরক্ শিংলবা, লালবু কুম্মৈদোনা শোক্ল হৈরবা অর্জ্জুননা জ্ঞান তানা, পাখঙ্গনা কাপ্লক্লপা তেলশিং অদুনা কৌরব তেক্কোলগী শগোল শামু থোঙমী, রথীশিংবু

বিস্রুতাশ্বধ্বজাঃ পেতুঃ সংছিন্নাযুধজীবিতাঃ। রথিনো রথমুখ্যেভ্যঃ সহসা শরপীড়িতাঃ ॥১৮॥
চূর্ণিতাক্ষিপ্তদগ্ধানাং বজ্রানিলহুতাশনৈঃ। তুল্যরূপা গজাঃ পেতুর্গিরিগ্রাম্বুদবেশ্মনাম্ ॥১৯॥
পেতুরশ্বসহস্রাণি প্রহতান্যর্জ্জুনেষুভিঃ। হংসা হিমবতঃ প্রস্থে বারিবিপ্রহতা ইব ॥২০॥
রথাশ্বদ্বিপপত্ত্যোঘাঃ সলিলৌঘা ইবাদ্ভুতাঃ। যুগান্তাদিত্যরশ্ম্যাভৈঃ পাণ্ডবাস্ত্রশরৈর্হৃতাঃ ॥২১॥

তং পাণ্ডবাদিত্যশরাংশুজালং কুরুপ্রবীরান্ যুধি নিষ্টপন্তম্।
স দ্রোণমেঘঃ শরবৃষ্টিবেগৈঃ প্রাচ্ছাদয়ন্মেঘ ইবার্করশ্মীন্ ॥২২॥

অথাত্যর্থং বিসৃষ্টেন দ্বিষতামসুভোজিনা। আজঘ্নে বক্ষসি দ্রোণো নারাচেন ধনঞ্জয়ম্ ॥২৩॥
স বিহ্বলিতসর্ব্বাঙ্গঃ ক্ষিতিকম্পে যথাচলঃ। ধৈর্য্যমালম্ব্য বীভৎসুর্দ্রোণং বিব্যাধ পত্রিভিঃ ॥২৪॥
দ্রোণস্তু পঞ্চভির্বাণৈর্ব্বাসুদেবমতাড়য়ৎ। অর্জ্জুনঞ্চ ত্রিসপ্তত্যা ধ্বজঞ্চাস্য ত্রিভিঃ শরৈঃ ॥২৫॥
বিশেষয়িতুন্ শিষ্যঞ্চ দ্রোণো রাজন্! পরাক্রমী। অদৃশ্যমর্জ্জুনঞ্চক্রে নিমেষাচ্ছরবৃষ্টিভিঃ ॥২৬॥

---

কক্ কক্তূনা লালকম্ লৈমায়থক্তা তুহল্লক্লে ॥১৭॥ অর্জ্জুনগী তেম্না পানবদা শগোল সারথি-রথ কীয়ালনচিংবা মচেৎ মচেৎ তাপ্রবা রথীশিং অহুনা লৈমায়থক্তা মকোক্ য়ুংন-য়ুংনা মথরাই য়াওদনা হাইথুনখি ॥১৮॥ বজ্রনা থারথম্ববা চীঙচুম্‌গুম্, মুংশিৎনা হুম্‌দোক্পা নোং মতুম মতুমগুম্, লৈশ্মনা চাক্‌থেক্লক্লবা য়ুম্‌জাউ অমময়্‌গুম্, শামু মপৈ মপৈত্ন অর্জ্জুনগী তেম্না পানবদা লৈমায় থক্তা তুথনরক্লে ॥১৯॥ নোং মরী মরীনা মশাদা কন্না কন্না থাবদা, থাঙবা—ওম্‌ত্রবা ওানু কাংঙ মপৈ মপৈনা হিমালয়গী চীঙথোং তম্পাক্তা পাইথনরক্পগুম্ অর্জ্জুনগী তেল অমময়া থাবদা, কৌরব পক্ষগী শগোল মপৈ মপৈনা মখোঙ মথুং কাও-কাওহুনা লৈমায়থক্তা থরো থরো ওল্লুনা মথরাই থারি ॥২০॥ প্রলয়গী মতম্‌গী সুমিৎনা মাগী য়াক্লবা-চাক্লবা মশেক্লা ঊশিং মরীক্ পুম্বৃ প্রক্-প্রক্ কংহনখিবহুগুম্না অর্জ্জুননা তেক্তনা দ্রোণগী লাশ্মী মপৈবু মাঙহল্লকলে শগোল শামু সারথি পুম্বা—লোইনা তুপ্রে ॥২১॥ মতৌ অসুম্না অর্জ্জুনগী মুর্ত্তি লৌরবা সুমিৎনা, তেলগী মশক্ লৌরবা মঙাম্না কুরুক্ষেত্রগী লালকম্‌দা লাশ্মীশিংবু চাকথেকহল্লকলবা মতম্‌সিদা দ্রোণগী মশক ওইরবা লোংনা, তেলগী মশক ওইরবা নোং মরী মরীনা, নোংনা সুমিৎপু কুপশিন-খিবগুম্ অর্জ্জুনগী মশক ওইরবা সুমিৎতুবু কুপশিনপ্রে ॥২২॥ অহুদগী দ্রোণনা, থরাই লোয়বা—চুম্না ওপ্রবা নারাচ কৌবা তেল অগ শত্তূনা অর্জ্জুনগী থজীন্দা থুম্না থাখি ॥২৩॥ তেল অহুনা পানবদা অর্জ্জুনগী হকচাং কায়াৎ পুম্বা হীকথৈ, থকথক নীকই। অহুবদি ওইরবদা মুহ্য কন্না হায়বম্ম চীঙজাওতদি লেঙদনা লৈবহুগুম্না অর্জ্জুননা [illegible] তপথনা ফিংগস্তনা [illegible] লেঙদনা লৈহুনা তেল মনম্ মনম্ কাপশিনক্তূনা তেক্তনা দ্রোণগী মশা পুম্বা পুম্‌য়োম্ য়োম্‌প্রে ॥২৪॥ অদুগ্, দ্রোণম্ম তেল মঙানা কৃষ্ণদা, হুক্তূবাহুম্‌দোইনা অর্জ্জুনদা, অহুম্না কীয়াম্না কন্না থাখি ॥২৫॥ [illegible] হায়বসিনা শিষ্যদগী য়াম্না হেন্‌বোমে হায়বসি থঙহন্‌গে হায়বগীদমক দ্রোণনা থুৎলৈ থূনা

প্রসক্তান্ পততোঽভ্রাক্ষং ভারদ্বাজস্য সায়কান্। মণ্ডলীকৃতমেবাস্য ধনুশ্চাদৃশ্যতাদ্ভুতম্ ॥২৭॥
তেঽভ্যায়ুঃ সমরে রাজন্! বাসুদেবধনঞ্জয়ৌ। দ্রোণসৃষ্টাঃ সুবহবঃ কঙ্কপত্রপরিচ্ছদাঃ ॥২৮॥
দৃষ্ট্বা তাদৃশং যুদ্ধং দ্রোণপাণ্ডবয়োস্তদা। বাসুদেবো মহাবুদ্ধিঃ কার্য্যবত্তামচিন্তয়ৎ ॥২৯॥
ততোঽব্রবীদ্বাসুদেবো ধনঞ্জয়মিদং বচঃ।
পার্থ! পার্থ! মহাবাহো! ন নঃ কালাত্যয়ো ভবেৎ ॥৩০॥
দ্রোণমুৎসৃজ্য গচ্ছামঃ কৃত্যমেতন্মহত্তরম্। পার্থশ্চাপ্যব্রবীৎ কৃষ্ণং যথেষ্টমিতি কেশব! ॥৩১॥
ততঃ প্রদক্ষিণং কৃত্বা দ্রোণং প্রায়ান্মহাভুজঃ। পরিবৃত্তশ্চ বীভৎসুরগচ্ছদ্বিসৃজন্ শরান্ ॥৩২॥
ততোঽব্রবীৎ স্ময়ন্ দ্রোণঃ ক্বেদং পাণ্ডব! গম্যতে। নন্বু নাম রণে শত্রুমজিত্বা ন নিবর্ত্তসে ॥৩৩॥

অর্জ্জুন উবাচ।

গুরুর্ভবান্ ন মে শত্রুঃ শিষ্যঃ পুত্রসমোঽস্মি তে। ন চাস্তি স পুমাল্লোঁকে যস্ত্বাং যুধি পরাজয়েৎ ॥৩৪॥

সঞ্জয় উবাচ।

এবং ব্রুবাণো বীভৎসুর্জয়দ্রথবধোৎসুকঃ। ত্বরাযুক্তো মহাবাহুস্তৎসৈন্যং সমুপাদ্রবৎ ॥৩৫॥
তং চক্ররক্ষৌ পাঞ্চাল্যৌ যুধামন্যূত্তমৌজসৌ। অন্বয়াতাং মহাত্মানৌ বিশন্তং তাবকং বলম্ ॥৩৬॥

---

কাপশিল্লকপ তেল মপৈ মপৈনা অর্জ্জুন অসি মশক শুকউ উখিদ্রে ॥২৬॥ মাহুদ ময়ামনা করি উনখিবগে হায়বদু দ্রোণগী তেল ময়াম্ অহুনা, অমগমগা মথং মথং শম্ম শম্মা-পাইশিন-খিহুনা তেল অমত ওইনা অর্জ্জুনগী মশাদা চণ্ডশিনখি। মতম্ অহুদা দ্রোণগী লীরুং অদুসু ঈকোয় কোয়বা চক্র অমতগী মতৌশুম্না উখি ॥২৭॥ অস্নুম্ তৌহুনা মহারাজ! দ্রোণগী তেল মপৈ মপৈনা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমকপু পুময়োম্ য়োম্থ্রে ॥২৮॥ দ্রোণগা অর্জ্জুনগা অস্নুম্না কম্না শোক্লরকপসি উবদা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী বুদ্ধি জ্ঞান মহৈগী মরম্দা খন্‌বা হৌরক্লে ॥২৯॥ মতম্ অহুদা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা অস্নুম্না হায়রকই :—অর্জ্জুন! অর্জ্জুন! অসিরাইদা অস্নুক কুইনা মতম্ মাঙহন্দনবসি থ্‌না তৌ ॥৩০॥ "ঐখোয় দ্রোণ অসি থাদোক্লমলগা চৎশ্রসি। মাহুনা ঐখোয়গী হাম্না তৌগদব থবক্সি।" মতম্ অহুদা অর্জ্জুননা য়েৎলোইননা দ্রোণবু হুন্দোক্লম্লগা, তেল কাপ, কাপ্পুনা নাকল অমদা হাইদোক্কনা চৎপা হৌরক্লে ॥৩২॥ মাহুদা দ্রোণনা মোমোন্ নোক্কনা অস্নুম্না হায়হৌই :—"পাণ্ডুগী নচা! কদোম্ চৎলি? নং য়েক্লবদু শুমদনা হাইদোক্কনা চৎখিবা চেন্থ্রিবা কম্নিগীনো?"—॥৩৩॥ অর্জ্জুননা খুম্মি :—ব্রাহ্মণ! ব্রাহ্মণদি ঐগী ওঝানি শুরুনি। ঐগী য়েক্লবা নত্তে। ঐসু গুরুদেবগীদি শিষ্যনি-নচানি। অসিগী মথক্কা লান্দা গুরুদেববু মায়থীবা পীগদবা অগস্তা লৈতে ॥৩৪॥" সঞ্জয়না হায় :— অসি হায়রম্লগা অর্জ্জুন অসি, জয়দ্রথ কংহৌরয়োই হায়হুনা য়াম্ন লাত্তক্ননা মায়কৈ অমরোমদা হাইদোক্কনা চৎখ্রে ॥৩৫॥ মহারাজ! অর্জ্জুননা কৌরব লাম্নী মরক্কা চণ্ডশিল্লকপা মতম্‌সিদা, পাঞ্চাল দেশগী যুধামন্যু, উত্তমৌজা, অনী অসিনা অর্জ্জুনবু ঙাক্‌-শেনবা ওইনা

ততো জয়ো মহারাজ! কৃতবর্ম্মা চ সাত্বতঃ। কাম্বোজশ্চ শ্রুতায়ুশ্চ ধনঞ্জয়মবাকিরন্ ॥৩৭॥
তেষাং দশ সহস্রাণি রথানামনুযায়িনাম্। অভীষাহাঃ শূরসেনাঃ শিবয়োঽথবসাতয়ঃ ॥৩৮॥
মাবেল্লকা ললিত্থাশ্চ কেকয়া মদ্রকাস্তথা। নারায়ণাশ্চ গোপালাঃ কাম্বোজানাঞ্চ যে গণাঃ ॥৩৯॥
কর্ণেন বিজিতাঃ পূর্ব্বং সংগ্রামে শূরসম্মতাঃ। ভারদ্বাজং পুরস্কৃত্য হৃষ্টাত্মানোঽর্জ্জুনং প্রতি ॥৪০॥
পুত্রশোকাভিসন্তপ্তং ক্রুদ্ধং মৃত্যুমিবান্তকম্। ত্যজন্তং তুমুলে প্রাণান্ সন্নদ্ধং চিত্রযোধিনম্ ॥৪১॥
গাহমানমনীকানি মাতঙ্গমিব যূথপম্। মহেষ্বাসং পরাক্রান্তং নরব্যাঘ্রমবারয়ন্ ॥৪২॥
(কুলকম্)
ততঃ প্রববৃতে যুদ্ধং তুমুলং লোমহর্ষণম্। অন্যোন্যং বৈ প্রার্থয়তাং যোধানামর্জ্জুনস্য চ ॥৪৩॥
জয়দ্রথবধং প্রেপ্সুমায়ান্তং পুরুষর্ষভম্। স্তবাবয়ন্ত সহিতাঃ ক্রিয়াঃ ব্যাধিমিবোত্থিতম্ ॥৪৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে অর্জ্জুনস্য দ্রোণাতিক্রমে অষ্টসপ্ততিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

অর্জ্জুনগী তুং ইন্নথি ॥৩৬॥ মহারাজ! অদুগী তুংদা, জয়, সাত্বতবংশগী কৃতবর্ম্মা, কম্বোজ দেশগী শ্রুতায়ু, মখোয় অসিনা পুন্নপা অর্জ্জুনরোম্‌দা কাপ্‌শিল্লক্‌লনা অর্জ্জুনগী মশাস্থ তেন্না পুম্‌য়োম্‌ য়োম্‌খ্রে ॥৩৭॥ মখোয়গী তুংইন্নবা রথী লিশিংতরা, অভীষাহ, শূরসৈন, শিবি বাসতি, মাবল্লেক, ললিত্থ, কেকয়—অমদি মদ্রদেশগী লান্মীশিংনা, অর্জ্জুননা হাৎথিবগী লেমহৌবা গোপজাতিগী নারায়ণী লান্মীশিং, অদুগা মমাঙৈদা কর্ণনা অকন্‌বনি হায়না শীংথানথিবা কম্বোজ দেশগী লান্মীশিং মখোয় অসিনা পুন্নপা, দ্রোণবু মাঙ্‌ থানা পুশিল্লক্‌লনা মথরাই পান্মুদনা—মচা কায়নবগী য়ারবা, অন্তকালদা শউনথৌরী পায়দুনা লাক্‌পা শাউরবা যমরাজগুম্বা, লাংলুকম্‌দা মথ্‌রাই থাগে থল্লবা, লালগীদমক্‌ মপুং কানা শেম্‌-শারবা, লাল্লোং মখল মখল হৈরবা, শামু শঙ্গু পুবা শামু লমশাগুম্বা, য়েক্লব লান্মী মপৈবু নৈথাইবা গুম্বা অচৌব লীরুং পায়বা, মপাঙ্গল মথৌমা লৈরবা, অর্জ্জুনবু শিংলরে ॥৩৮—৪২॥ অদুগী তুংদা, মখোয় অদুগা অর্জ্জুন মরক্তগা অকিবা ফংনা থেংনবা হৌরক্লে ॥৪৩॥ নিপা অথোইবা অর্জ্জুননা, জয়দ্রথতবু হাৎকে হায়না থজুনা কন্না শোক্লক্‌পা মতম্‌দ, কৌরব লান্মীশিং অদুনা, অহৈবা মাইবনা, অকবা হীদাক্না লায়নাবু থিংবা-থকুহন্‌-বদুগুম্না অর্জ্জুনবু থিংদুনা থম্‌খ্রে ॥৪৪॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকশিংশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, দ্রোণপর্ব্বদা, জয়দ্রথবধগী মনুংদা, "অর্জ্জুননা দ্রোণনাল্লক্‌লনা চৎপা মতাং" গী হুক্‌তরানিপাল্ থবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥*

# শ্রীমহাভারতম্

## উনাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ।

### হুন্ড্রুতরামাপলগুবা অধ্যায়

(শ্রুতায়ুস্সুদক্ষিনা হাৎপা মতাং)

——:(০):——

সঞ্জয় উবাচ ।

সন্নিরুদ্ধস্তু তৈঃ পার্থো মহাবলপরাক্রমঃ । দ্রুতং সমনুযাতশ্চ দ্রোণেন রথিনাং বরঃ ॥১॥
কিরন্নিষুগণাংস্তীক্ষ্ণান্ স্বরশ্মীনিব ভাস্করঃ । তাপয়ামাস তৎ সৈন্যং দেহং ব্যাধিগণো যথা ॥২॥
(যুগ্মকম্)

অশ্বো বিদ্ধো রথশ্ছিন্নঃ সারোহঃ পাতিতো গজঃ ছত্রাণি চাপবিদ্ধানি রথাশ্চক্রৈর্বিনা কৃতাঃ ॥৩॥
বিদ্রুতানি চ সৈন্যানি শরার্ত্তানি সমন্ততঃ । ইত্যাসীত্তুমুলং যুদ্ধং ন প্রাজ্ঞায়ত কিঞ্চন ॥৪॥
তেষাং সংযচ্ছতাং সংখ্যে পরস্পরমজিহ্মগৈঃ অর্জ্জুনো ধ্বজিনীং রাজন্নভীক্ষ্ণং সমকম্পয়ৎ ॥৫॥
সত্যাং চিকীর্ষমাণস্তু প্রতিজ্ঞাং সত্যসঙ্গরঃ । অভ্যদ্রবদ্রথশ্রেষ্ঠং শোণাশ্বং শ্বেতবাহনঃ ॥৬॥
তং দ্রোণঃ পঞ্চবিংশত্যা মর্ম্মভিদ্ভিরজিহ্মগৈঃ । অন্তেবাসিনমাচার্য্যো মহেষ্বাসং সমার্পয়ৎ ॥৭॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ ! লাম্মীশিং অসিনা থিংলবা মতম্সিদা, দ্রোণনস্থ ইন্নয়ল্লবা, মুমিৎনা মাগী মশেক্ মঙানগী মপৈবু পাইথোক্হল্লকপথুগুম্। মতীক্ মগুণ চাউরবা, মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা রথী অথোইবা অর্জ্জুননা, মখোয়রোমদা ওন্শিল্লক্তুনা তেল মপৈ মপৈ কাপ-শিল্লক্তুনা, লায়না মথল্ মথল্ হকচাংবু অরাবা পীরকপগুম্ কৌরব লাম্মীশিংদা শাথিনা চৈনা পীরক্লে ॥১—২॥ অর্জ্জুননা কৌরব পক্ষগী শগোল শামু রথী খোঙমী ময়াম অহু মাগী মাগী মকম্দগী চেম্থোক্হন্থি অদুগী মথক্তা খোঙমী লাম্মী রথী অমদি শগোল শামু মপৈ মপৈবু লালকম্ লৈমায়থক্তা হাইথ্হল্লক্লে ॥৩॥ মতৌ অসুম্না অর্জ্জুন মথক্তগা অহুক্ য়াম্ব কৌরব লাম্মী মপৈ অতুগী পূক্নীং হকচাংদা তুচুংবা পোক্লনবা ওইবা তম্থিনা অকিবগী মশক ওইরবা লাক্লাও অম থোক্খ্রে ॥৪॥ মহারাজ ! কৌরব লাম্মীশিংনা থুকাপ থ্না তেল মনম মনম্ কাপশিল্লকইদি হায়রবু অর্জ্জুন মথক্তনা মখোয় অহুবু মীপুম্ থীংনা থক্ থক্ নীকহন্থি ॥৫॥ য়াশক চেৎপা অর্জ্জুননা, জয়দ্রথবু শোয়দনা হাৎকদবনি হায়না থন্মুনা গুরু ওইরবস্থ অহু মঙারদে হায়গ্রনা রথী অথোইবা, ঙাঙলবা শগোল্না মাগী রথবু চিংলিবা দ্রোণাচার্য্যরোমদা মমায় ওন্শিল্লকই ॥৬॥ মতম্ অহুনা দ্রোণাচার্য্যানা থন্মোয় কায়বা য়ায়বা থৌরবা তেল কুন্মঙা

তং তূর্ণমিব বীভৎসুঃ সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরঃ। অভ্যধাবদিষুনস্যন্নিষুবেগবিঘাতকান্ ॥৮॥
তস্মাত্তু ক্ষিপতো ভল্লান্ ভল্লৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ। প্রত্যবিধ্যদমেয়াত্মা ব্রহ্মাস্ত্রং সমুদীরয়ন্ ॥৯॥
তদদ্ভুতমপশ্যাম দ্রোণস্যাচার্য্যকং যুধি। যতমানো যুবা নৈনং প্রত্যবিধ্যদ্যদর্জ্জুনঃ ॥১০॥
ক্ষরন্নিব মহামেঘো বারিধারাঃ সহস্রশঃ। দ্রোণমেঘঃ পার্থশৈলং ববর্ষ শরবৃষ্টিভিঃ ॥১১॥
অর্জ্জুনঃ শরবর্ষং তদ্‌ব্রহ্মাস্ত্রেণৈব মারিষ। প্রতিজগ্রাহ তেজস্বী বাণৈর্ব্বাণান্ বিশাতয়ন্ ॥১২॥
দ্রোণস্তু পঞ্চবিংশত্যা শ্বেতবাহনমার্দ্দয়ৎ। বাসুদেবঞ্চ সপ্তত্যা বাহ্বোরুরসি চাশুগৈঃ ॥১৩॥
পার্থস্তু প্রহসন্ ধীমানাচার্য্যং স শরৌঘিণম্। বিসৃজন্তং শিতান্ বাণানবারয়ত তং যুধি ॥১৪॥
অথ তৌ বধ্যমানৌ তু দ্রোণেন রথসত্তমৌ। অবর্জ্জয়েতাং দুর্দ্ধর্ষং যুগান্তাগ্নিমিবোত্থিতম্ ॥১৫॥
বর্জ্জয়ন্ নিশিতান্ বাণান্ দ্রোণচাপবিনিঃসৃতান্। কিরীটমালী কৌন্তেয়ো ভোজানীকং ব্যশাতয়ৎ ॥১৬॥
সোঽন্তরা কৃতবর্ম্মাণং কাম্বোজঞ্চ সুদক্ষিণম্। অভ্যয়াদ্বর্জ্জয়ন্ দ্রোণং মৈনাকমিব পর্ব্বতম্ ॥১৭॥

---

কাপ্‌লকৃতুনা মহাকী শিল্প অথোইবা অর্জ্জুনদা কম্না চৈনা পীখি ॥৭॥ অসোম্‌দা মহারথী অর্জ্জুনসু দ্রোণনা কাপলকৃলিবা তেল মথৈ ককৃক্তুনা থাদথাদতুনা, দ্রোণয়োমদা অস্নুম্ চঙ-শিল্লকই ॥৮॥ অর্জ্জুননা থাঙ ভাগী মতৌঙুম্বা থৌরথৌরবা তেল মপৈ মপৈ কাপশিল্লকপা মতম্‌সিদা কয়ামুক্ হৈবা কনবগে হায়কম্ থোক্তবা দ্রোণনা ব্রহ্মাস্ত্রগী মন্ত্র শোন্দুনা তাঙুম্বা তেল মপৈ মপৈ অর্জ্জুনদা কাপ্‌শিল্লকই ॥৯॥ মতম্ অসিদা দ্রোণাচার্য্যগী অঙকপা লাল্‌মশোক্না ময়ামনা উনখি। মরমদি পাথং ওইরিবা, কনস্নুকল্লবা অর্জ্জুনমক্না অহল ওইরবা দ্রোণবু লাক্‌চবা ঙমখিদ্রে ॥১০॥ চাউর চাউরবা নোং মতুম মতুম্না চাউরবা চীঙথক্তা হৈথরকপঙুম্ দ্রোণনা অতৎ অথম্ লৈতনা অর্জ্জুনগী মথক্ত হৈথখি ॥১১॥ ঈকায় খুম্নবগীমশক্ ওইরবা নিংথৌ। মতম্ অদুদা অর্জ্জুননা ব্রহ্মাস্ত্র পুথোক্তুনা দ্রোণগী ব্রহ্মাস্ত্রগী মন্ত্র শোনবা, খুৎলায় অদুবু খুদক্তা ককথৎলগা তেল মপৈ মপৈনা দ্রোণাচার্য্যবু পূম্‌থোম্ য়োম্‌হন্‌খ্রে ॥১২॥ অদুগী তুংদা দ্রোণাচার্য্যনা তেল কুন্দভানা অর্জ্জুনদা অদুগা হুক্‌তয়ানা সারথি ওইরিবা কৃষ্ণগী থবাক্তা-পাম্বোম মক্নদা কম্না থাখি ॥১৩॥ অদুগী তুংদা শিংলবা অর্জ্জুননা, নোক্না নোক্না খুৎলৈ থ্‌না কাপশিল্লক্তুনা দ্রোণগী অদুক্ য়াম্বা খুৎলায়শিং অদু থিংতুনা থম্‌খি। অমতমক্ মশাদা পালহন্‌খিদে ॥১৪॥ অদুগীতুংদা অমুক দ্রোণনা অমুক্ হৌবা কাপশিল্লকবা মতম্‌সিদা রথি অথোইবা অর্জ্জুননা কৃষ্ণগা লোয়নননা, মৈথিবংনা কাথৎলক্লবা মৈগী মতৌঙুম্বা দ্রোণবু থাদোক্তুনা চৎখি ॥১৫॥ মতৌ অসুম্না লুহুম কোকথক্তা থোইনা নীংথিজবা সনগীক পমেং অমদি লৈগী পমেংনা থোইদোক্না নীঙথিজবা অর্জ্জুননা দ্রোণগী খুৎলায় ময়াম্ থিংদুনা ভহাক্তং থনম্রগা কৃতবর্ম্মানা নৈথিরা মায়কৈ অদোম্‌দা হোক্তিন্‌খি ॥১৬॥ মৈনাকপর্ব্বতকী মতৌঙুম্না লেমজবা দ্রোণবু থাদোক্তুনা

ততো ভোজো নরব্যাঘ্রো দুর্ব্বারং কুরুসত্তম। অবিধ্যত্তূর্ণমব্যগ্রো দশভিঃ কঙ্কপত্রিভিঃ ॥১৮॥
তমর্জ্জুনঃ শিতেনাজৌ রাজন্! বিব্যাধ পত্রিণা। পুনশ্চান্যৈস্ত্রিভির্ব্বাণৈর্মোহয়ন্নিব সাত্বতম্ ॥১৯॥
ভোজস্তু প্রহসন্ পার্থং বাসুদেবঞ্চ মাধবম্। একৈকং পঞ্চবিংশত্যা সায়কানাং সমার্পয়ৎ ॥২০॥
তস্যার্জ্জুনো ধনুশ্ছিত্ত্বা বিব্যাধৈনঞ্চ সপ্তভিঃ। শরৈরগ্নিশিখাকারৈঃ ক্রুদ্ধাশীবিষসন্নিভৈঃ ॥২১॥
অথান্যদ্ধনুরাদায় কৃতবর্ম্মা মহারথঃ। পঞ্চভিঃ সায়কৈস্তূর্ণং বিব্যাধোরসি ভারতম্ ॥২২॥
পুনশ্চ নিশিতৈর্ব্বাণৈঃ পার্থং বিব্যাধ পঞ্চভিঃ। তং পার্থো নবভির্ব্বাণৈরাজঘান স্তনান্তরে ॥২৩॥
দৃষ্ট্বা বিষক্তং কৌন্তেয়ং কৃতবর্ম্মরথং প্রতি। চিন্তয়ামাস বার্ষ্ণেয়ো ন নঃ কালাত্যয়ো ভবেৎ ॥২৪॥
ততঃ কৃষ্ণোঽব্রবীৎ পার্থং কৃতবর্ম্মণি মা দয়াম্। কুরু সম্বন্ধকং হিত্বা প্রমথ্যৈনং বিশাতয় ॥২৫॥
ততঃ স কৃতবর্ম্মাণং মোহয়িত্বার্জ্জুনঃ শরৈঃ। অভ্যগাজ্জবনৈরশ্বৈঃ কাম্বোজানামনীকিনীম্ ॥২৬॥
অমর্ষিতস্তু হার্দ্দিক্যঃ প্রবিষ্টে শ্বেতবাহনে। বিধুন্বন্ সশরং চাপং পাঞ্চাল্যাভ্যাং সমাগতঃ ॥২৭॥
চক্ররক্ষৌ তু পাঞ্চাল্যাবর্জ্জুনস্য পদানুগৌ। পর্য্যবারয়দায়ান্তৌ কৃতবর্ম্মা রথেষুভিঃ ॥২৮॥

---

অর্জ্জুননা কৃতবর্ম্মাগা কম্বোজগী নিংথৌ সুদক্ষিণনা অনীগী মরকমক্তদা চঙশিনখ্রে ॥১৭॥ মতম্ অদুদা মীপোাই মিহেন্‌বা কৃতবর্ম্মানা করিমত থগৎপা মিপাইবা তৌদনা থোরবা তেল তরানা অর্জ্জুনদা কয়া থাখি ॥১৮॥ মহারাজ! মতম্ অদুদা অর্জ্জুননা থোরবা তেল অমনা কৃতবর্ম্মাদা থাখি। অদুদগী তেল অহুম্ অমা অমুক্ কাপশিল্লক্‌লা কৃতবর্ম্মাবু অঙান তাহন্‌খিদে ॥১৯॥ অদুদগী ওহাক লৈরগা অঙান তারক্লবা কৃতবর্ম্মানা নোক্ নোক্লা, কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক্কী অমমম্‌দা তেল কুন্‌মঙা কুন্‌মঙানা কয়া কয়া থাখি ॥২০॥

মতম্ অদুদা অর্জ্জুননা কৃতবর্ম্মাগী লীরুং অদু কক্‌থৎলগা মৈরী পোক্লা মৈহুম্‌গী মতৌ-গুম্বা লংলবা মহুপুরবা লিলগী মতৌগুম্বা থোরবা তেল তরেৎনা কৃতবর্ম্মাগী থজীন্দা থম্না থাখি ॥২১॥ মতম্ অদুদা কৃতবর্ম্মানা অতোপ্পা লীরুং অমা পায়থৎলগা লীরীতঙ্ হাপ্ হাপ্পুনা তেল কুম্মঙানা অর্জ্জুনগী থবাক্তা কয়া থাখি ॥২২॥ অদুদগী অমুক্ কৃতবর্ম্মানা তেল কুম্মঙা অমমুক্ অর্জ্জুনদা নোৎশিন্‌খি। অদুদগী অর্জ্জুনসু কৃতবর্ম্মাগী থবাক্তা থোরবা তেল মাপন্না কয়া থাখি ॥২৩॥ অর্জ্জুননা কৃতবর্ম্মাগী লান্দা পুক্লীং চঙহুনা লৈখিবসি উবদা কৃষ্ণনা পুক্লীংদা "অসিয়াইদা অরেম্বদা মতম্ মাঙহন্দনা কায়ত্রে"—হায়না খল্লকুই ॥২৪॥ মতম্ অদুদা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায়রকই:—অর্জ্জুন! কৃতবর্ম্মাগা শোল্লি মাল্লি শোক্লবসি তৌরনু। শাগৈ নাতৈ ঙাইশেল্ থোক্লবগী সুংশিনবা ককাদু থাদোক্লুনা মাবু হেক্তা থুনা লোইথোক্লবা তৌ ॥২৫॥ অদু তাবদা অর্জ্জুননা মহুপুরবা তেল অমনা কৃতর্ম্মাবু বাঙহল্লয়গা কম্বোজগী লাম্মী মপৈনা লৈখিবদোম্‌দা প্রপ্রপ্ চঙশিন্‌খি ॥২৬॥ অর্জ্জুননা কম্বোজগী লাম্মী মরক্তা চঙখ্রিবৈ মরক্‌সিদা অঙান তারক্লবা শাউরবা কৃতবর্ম্মানা লীরুংদা তেল মনম্ মনম্ তেজ্জা থোক্‌হনা অর্জ্জুনগী তুংইরক্লিবা পাঞ্চাল লাম্মীশিংগা অকিবা কংনা থেংনখি। যুধামন্যু উত্তমৌজা অনীগা কৃতবর্ম্মা

তাববিধ্যত্ততো ভোজঃ কৃতবর্ম্মা শিতৈঃ শরৈঃ। ত্রিভিরেব যুধামন্যুং চতুর্ভিশ্চোত্তমৌজসম্ ॥২৯॥
তাবপ্যেনং বিবিধতুর্দশভির্দশভিঃ শরৈঃ। সংচিচ্ছিদতুরপ্যস্য ধ্বজং কার্ম্মুকমেব চ ॥৩০॥
অথান্যদ্ধনুরাদায় হার্দিক্যঃ ক্রোধমূর্চ্ছিতঃ। কৃত্বা বিধনুষৌ বীরৌ শরবর্ষৈরবাকিরৎ ॥৩১॥
তাবন্যে ধনুষী সজ্যে কৃত্বা ভোজং বিভেদতুঃ। তেনান্তরেণ বীভৎসুর্বিবেশামিত্রবাহিনীম্ ॥৩২॥
ন লেভাতে তু তৌ দ্বারং বারিতৌ কৃতবর্ম্মণা। ধার্ত্তরাষ্ট্রেষনীকেষু যতমানৌ নরর্ষভৌ ॥৩৩॥
অনীকান্যর্দ্দয়ন্ যুদ্ধে ত্বরিতঃ শ্বেতবাহনঃ। নাবধীৎ কৃতবর্ম্মাণং প্রাপ্তমপ্যরিসূদনঃ ॥৩৪॥
তং দৃষ্ট্বা তু তথায়ান্তং শূরো রাজা শ্রুতায়ুধঃ। অভ্যদ্রবৎ সুসংক্রুদ্ধো বিধুন্বানো মহদ্ধনুঃ ॥৩৫॥
স পার্থং ত্রিভিরানর্চ্ছৎ সপ্তত্যা চ জনার্দ্দনম্। ক্ষুরপ্রেণ সুতীক্ষ্ণেন পার্থকেতুমতাড়য়ৎ ॥৩৬॥
তমর্জ্জুনো নবত্যা তু শরাণাং নতপর্ব্বাণাম্। আজঘান ভৃশং ক্রুদ্ধস্তোত্ত্রৈরিব মহাদ্বিপম্ ॥৩৭॥

---

মথন্তগা লান্বা ওইহনা থেংনখি ॥২৭॥ অর্জ্জুনগী তুংগী ঙাক্শেনবা যুধামন্যুগা উত্তমোজাগা
অনী অসিনা লাক্লবদা, কৃতবর্ম্মানা মখোয় অনীবু থিংহনা থম্বগা মখোয় অনীদা কন্না কন্না
শাথিনা কাপখি ॥২৮॥ অদুদগী অমুক্ ভোজ বংশগী কৃতবর্ম্মানা থোর থোরবা তেলগী মপেনা
যুধামন্যু-উত্তমোজা অনীবু শাথিনা চৈনা পীরকলে। মহাক্না তেল অহুম্না যুধামন্যুদা অমুগা মরিনা
উত্তমোজাদা থারকই ॥২৯॥ অদুদগী মখোয় অনী অমময়া তেল তরা-তরা শন্তুনা কৃতবর্ম্মাদা
থারগা মহাকী লীরুং ফিরাম্নচিংববু ককথন্তুনা থাদখি ॥৩০॥
অদুদগী অশাউবনা মৈহৌরবা কৃতবর্ম্মানা অতোপ্পা লীরুং অমা লৌথন্তুনা লীরী থুনা
য়াওনা হাপ্তুনা যুধামন্যু-উত্তমোজা অনীগী লীরুংবু ককথৎলগা মখোয় অনীবু তেন্না পুম্‌য়োম্
য়োমহনখ্রে ॥৩১॥ অদুদগী মখোয় অনীস্থ লীরুং অমমম্ থুনা য়াওনা লৌথন্তুনা লীরী থুনা
হাপ্তুনা কাপশিল্লকপহুনা কৃতবর্ম্মাবু তেন্না পুম্‌য়োম্ য়োমখ্রে। তাঙ্গা অসিদা কল্লবা অর্জ্জুন
অসি কৌরব লাম্মী মরক্তা হোচ্ছিনখ্রে ॥৩২॥ কৃতবর্ম্মানা কন্না থিংহনা থম্খিবহুদা, কৃষ্ণ-অর্জ্জুন
অনী অসি ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংনা ঙাকশেন্দুনা লৈরিবা জয়দ্রথনা লৈরিবহুগী থোঙ্ অদু লান-
শিন্‌বা ঙম্খিদ্রে চঙকম্ খঙখিদ্রে ॥৩৩॥ মরম্‌দি য়েক্লবা অর্জ্জুননা লাম্মী মযাম্ হাচ্ছিলক্তুনা
কৃতবর্ম্মাবু মুখামুখী ওইনা উনবা ক'ললবসু, শ্বশুরবংশগী (মকুবোকী বংশগী) মী ওইরম্বনা হাৎপমকাত্ত
হাৎপা য়াখিদ্রে ॥৩৪॥ অর্জ্জুননা মতৌ অসুম্না চঙশিল্লকপসি উবদা থোইদোক্লা শাউরবা
শ্রুতায়ুধ লীরী কন্না কন্না চিংহনা তেল মনম্ মনম্ কাপশিন্-কাপশিন্না অর্জ্জুন তম্না তোচ্ছিল্লকই
॥৩৫॥ মহাকী তেল অহুমনা অর্জ্জুনদা থোরবা হুক্‌তরানা কৃষ্ণদা কন্না থাখি অমুগা তেল
অমনা অর্জ্জুনগী কীরাল চৈথোক্তুদা কন্না থাখি ॥৩৬॥ মতম্ অদুদা, মাউৎনা শামুবু-শামুকাতী
থাহনা থৌজিল্লকপহুগুম্না অর্জ্জুননা শ্রুতায়ুধ তম্না কুজিল্লক্তুনা থৌরবা তেল মরিকুতরানা
শ্রুতায়ুধদা কন্না থাখি ॥৩৭॥ মহারাজ। মহাক্না অর্জ্জুনগী মমাঙদা অমুক্ লেপ্না ঙম্খিদ্রে।

স তং ন মমৃষে রাজন্! পাণ্ডবেয়স্য বিক্রমম্। অথৈনং সপ্তসপ্তত্যা নরাচানাং সমার্পয়ৎ ॥৩৮॥
তস্যার্জ্জুনো ধনুশ্ছিত্ত্বা শরাবাপং নিকৃত্য চ। আজঘানোরসি ক্রুদ্ধঃ সপ্তভির্নতপর্ব্বভিঃ ॥৩৯॥
অথান্যদ্ধনুরাদায় স রাজা ক্রোধমূর্চ্ছিতঃ। বাসবিং নবভির্বাণৈর্বাহ্বোরুরসি চার্পয়ৎ ॥৪০॥
ততোঽর্জ্জুনঃ স্ময়ন্নেব শ্রুতায়ুধমরিন্দমঃ। শরৈরনেকসাহস্রৈঃ পীড়য়ামাস ভারত। ॥৪১॥
অথাশ্বাংস্তস্যাবধীত্তূর্ণং সারথিঞ্চ মহারথঃ। বিব্যাধ চৈনং সপ্তত্যা নরাচানাং মহাবলঃ ॥৪২॥
হতাশ্বং রথমুৎসৃজ্য স তু রাজা শ্রুতায়ুধঃ। অভ্যদ্রবদ্রণে পার্থং গদামুদ্যম্য বীর্য্যবান্ ॥৪৩॥
বরুণস্যাত্মজো বীরঃ স তু রাজা শ্রুতায়ুধঃ। পর্ণাশা জননী যস্য শীততোয়া মহানদী ॥৪৪॥
তস্য মাতাব্রবীদ্রাজন্! বরুণং পুত্রকারণাৎ। অবধ্যোঽয়ং ভবেল্লোকে শত্রূণাং তনয়ো মম ॥৪৫॥
বরুণস্ত্বব্রবীৎ প্রীতো দদাম্যস্মৈ বরং হিতম্। দিব্যমস্ত্রং সুতস্তেঽয়ং যেনাবধ্যো ভবিষ্যতি ॥৪৬॥
নাস্তি চাপ্যমরত্বং বৈ মনুষ্যস্য কথঞ্চন। সর্ব্বেণাবশ্যমর্ত্তব্যং জাতেন সরিতাং বরে। ॥৪৭॥
দুর্দ্ধর্ষস্ত্বেষ শত্রূণাং রণেষু ভবিতা সদা। অস্ত্রস্যাস্য প্রভাবাদ্বৈ ব্যেতু তু মানসো জ্বরঃ ॥৪৮॥
ইত্যুক্ত্বা বরুণঃ প্রাদাদ্‌গদাং মন্ত্রপুরস্কৃতাম্। যামাসাদ্য দুরাধর্ষঃ সর্ব্বলোকে শ্রুতায়ুধঃ ॥৪৯॥

---

অহুবু নারাচ কৌবা, তেল হুন্‌ফূতরাতরেৎনা অর্জ্জুনদা থাখি ॥৩৮॥ মতম্ অদুদা অর্জ্জুননা শাউখিদুনা, শ্রুতায়ুধগী লীরুং তেলবু ককথৎলগা তেল তরেৎনা কল্লা শ্রুতায়ুধগী থবাক্ত থাখি ॥৩৯॥ অদুদগী শ্রুতায়ুধসু অশাউবগা লোয়ননা লীরুং অমা লৌখৎলগা থৌরবা তেল মাপল্লা অর্জ্জুনগী থজীন্দা কল্লা থাখি ॥৪০॥ ভরতনন্দন মহারাজ! অদুদগীদি য়েক্লবা ওম্বা অর্জ্জুননা, মোমোন্ নোক্তূনা তেল্ লিশিং লিশিং শ্রুতায়ুধদা থাবা হৌরকলে ॥৪১॥ কল্লবা অর্জ্জুননা শ্রুতায়ুধগী শগোল-সারথিবু হাত্তোক্লগা থৌরবা নারাচ তেল্ হুন্‌ফূতরানা শ্রুতায়ুধগী থজীন্দা থম্না থাখি ॥৪২॥ শগোল সারথিগা লৈত্রবদুদা শ্রুতায়ুধ অসি মথুত্তা গদা অমা পায়থত্তূনা রথদগী কল্ হেক্ চোংথদুনা অর্জ্জুন তম্না প্রপ্রপ্ চেল্‌শিল্লকৃই ॥৪৩॥ হায়রিবা শ্রুতায়ুধ হায়বসিমক্তি লংলবা ঈভলবা ঈশিংনা ঈচেল ওইবী পর্ণাশা কৌবী ভুরেম্না মাগী মমানি। বরুণ দেবতানা মাগী মপানি ॥৪৪॥ মমাওদা মমা পর্ণাশানা মপুরোয়বা বরুণদা "ঐগী ঈচাসিদি কনা অমতনা হাৎপা ঙমদবা ওইসনু"—অসুম্না হায়খি ॥৪৫॥ মতম্ অদুদা বরুণ দেবতানা "ব্রহ্মাস্ত্র-দিব্যাস্ত্রগুম্বা বর ঐনা পীরিবসিনি, কনা অমতনা মাবু হাৎপা য়ারোই" অসুম্ হায়না বর পীখি ॥৪৬॥ অমুকসু বরুণনা অসুম্না হায়খি "ভুরেল্ অথোইবী! অচচ্চত্ত পুথসিগী মনুংদা কনাসু অমর ওইগদবা অমত য়াওদে। পোকপা নাইরিবা পোৎ মখৈ নোংম নত্রগা নোংমদি মাঙখিগদৌরি-বনি ॥৪৭॥ অদুগা নংগী নচা অসিদি য়েক্লবশিংগী মকমদা লাকওম কাওমদ্রবা অমা ওইগনি। অদুনা নচাগীদমক চিন্তা থক তৌরুদু ॥৪৮॥ বরুণনা য়াসিহায়রগা গদা অম পুথোক্তূনা পী। গদা অদুগী শক্তিনা শ্রুতায়ুধ হায়বসি জগতা লাওমকাওমদবা মীশক্ অমা ওইখি ॥৪৯॥ ভগবান্

উবাচ চৈনং ভগবান্ পুনরেব জলেশ্বরঃ। অবুধ্যতি ন মোক্তব্যা সা ত্বয্যেব পতেদিতি
হন্যাদেষা প্রতীপং বৈ প্রয়োক্তারমিতি প্রভো। ॥৫০॥
ন চাকরোৎ স তদ্বাক্যং কালে প্রাপ্তে শ্রুতায়ুধঃ। স তয়া বীরঘাতিন্যা জনার্দ্দনমতাড়য়ৎ ॥৫১॥
প্রতিজগ্রাহ তাং কৃষ্ণঃ পীনেনাংসেন বীর্য্যবান্। নাকম্পয়ত শৌরিং সা বিন্ধ্যং গিরিমিবানিলঃ ॥৫২॥
প্রত্যাদ্যান্তি তমেবৈষা কৃত্যেব দুরধিষ্ঠিতা। জঘান চাস্থিতং বীরং শ্রুতায়ুধমমর্ষণম্।
হত্বা শ্রুতায়ুধং বীরং ধরণীমন্বপদ্যত ॥৫৩॥
হাহাকারো মহাংস্তত্র সৈন্যানাং সমজায়ত। স্বেনাস্ত্রেণ হতং দৃষ্ট্বা শ্রুতায়ুধমরিন্দমম্ ॥৫৪॥
অযুধ্যমানায় যতঃ কেশবায় নরাধিপ। ক্ষিপ্তা শ্রুতায়ুধেনাথ তস্মাত্তমবধীদ্‌গদা ॥৫৫॥
যথোক্তং বরুণেনাজৌ তথা স নিধনং গতঃ। ব্যসুশ্চাপ্যপতদ্ভূমৌ প্রেক্ষতাং সর্ব্বধন্বিনাম্ ॥৫৬॥
পতমানস্তু স বভৌ পর্ণাশায়াঃ প্রিয়াঃ সুতঃ। সংভগ্ন ইব বাতেন বহুশাখো বনস্পতিঃ ॥৫৭॥
ততঃ সর্ব্বাণি সৈন্যানি সেনামুখ্যাশ্চ সর্ব্বশঃ। প্রাদ্রবন্ত হতং দৃষ্ট্বা শ্রুতায়ুধমরিন্দমম্ ॥৫৮॥

---

বরুণনা শ্রুতায়ুধদা অমুক্ অম্মা হায়খি—"ঈবুঙো! শ্রুতায়ুধ! গদা অসে লাল্ শোক্লরোই-দোবা শোক্লনীঙদবা মীদদি থক্ থাক্লনু, শীজিন্নরুনু। অহুম তৌরবদি গদা অসিনা নঙোন্দহুম ওন্‌শিল্লক্‌্না থারনি। লাল্ শোক্লদবা লাম্বানশুবগা থেংনহনা গদা অসি শীজিন্নরবদি, শীজিন্নবা নিপা অহুহুম্ হায়া মথয়াই থাগনি ॥৫০॥

অদুবু মাগী কাল হায়বা লাই অদুনা চঙলক্লবদা শ্রুতায়ুধনা বরুণগী য়াথং পাউতাক্ লৌখিদ্রে। শ্রুতায়ুধনা অকন্‌বা হাৎনবগীদমক্ লৈরবা গদা অদুবু কৃষ্ণগী মথক্তা শীজিন্নখি ॥৫১॥ শ্রুতায়ুধনা হাইথরকপা গদা অদুবু কৃষ্ণনা মাগী লেংবাম্না ওক্‌খি। অদুবু, কল্লবা মুংশিৎনা বিন্ধ্য চীঙজাওবু কম্নিমত্তা লেংহন্‌বা ঙমদবগুম্না, গদা অদুনা কৃষ্ণবু শম্বুম্ নামকাওবা লেঙ-হন্-হাইহনবা ঙম্‌খিদে ॥৫২॥ ব্যভিচারী ওইবা মীনা তৌবা য়জ্ঞদগী থোরকপী কৃত্যা কৌবী লাইরেম্বীহুনা, যজ্ঞ তৌরিবা-যজ্ঞমপুহুবু মাঙহন্‌বা হাপ্তোক্‌পহুগুম্না গদা অদুনা ওনশিল্লক্‌্না শ্রুতায়ুধদা থাহুনা মাগী মথরায় লৌখি। অকন্‌বা শ্রুতায়ুধ হায়বহু মথরাই য়াওদনা লৈমায় থক্তা তুখি ॥৫৩॥ মশা মথক্তগী খুৎলায়না থাহুনা শিবহু উবদা কৌরব লাম্নীশিংনা হাহাকার লাউনখি ॥৫৪॥ মহারাজ! কৃষ্ণদি শোক্লবা নত্তে। অদুবু হৌজিক্ হায়রিবা ময়ম্ অসি লৈবনা মশাগী গদান্না মশা মথক্তা থাজহনা শ্রুতায়ুধ হায়বদো থরাই থাখি ॥৫৫॥ অদুনা বরুণনা হায়-খিবদুগী মতুং ইন্না চপ চানা থোকখিদুনা, শ্রুতায়ুধসি, মথক্ত শিজখি। লাম্মী খ্‌বাইগী মমাঙমক্তদা মাগী হক্‌চাংনা তাহুনা লৈবহু মী খ্‌বাইনা উনখি ॥৫৬॥ পর্ণাশানদীগী মচা শ্রুতায়ুধনা লাল্-কম্‌দা তাহনা লৈবহুমক্ মুংশিৎনা হুমদোক্লবা মশামরেং য়াওজ্রবা চাউরবা উপাম্বী অমগুম্নি ॥৫৭॥ শ্রুতায়ুধনা তুখিবহু হেক্ উবদা মাগী লাম্নী খোঙলোয় পুম্নমক্ নীঙহন্নহুনা

তভঃ কম্বোজরাজস্য পুত্রঃ শূরঃ সুদক্ষিণঃ। অভ্যয়াজ্জবনৈরশ্বৈঃ কাজনং শত্রুসূদনম্ ॥৫৯॥
তস্য পার্থঃ শরান্ সপ্ত প্রেষয়ামাস ভারত।। তে তং শূরং বিনির্ভিদ্য প্রাবিশন্ ধরণীতলম্ ॥৬০॥
সোঽতিবিদ্ধঃ শরৈস্তীক্ষ্ণৈর্গাণ্ডীবপ্রেষিতৈর্ম্ৃধে। অর্জ্জুনং প্রতিবিব্যাধ দশভিঃ কঙ্কপত্রিভিঃ ॥৬১॥
বাসুদেবং ত্রিভিবিদ্ধা পুনঃ পার্থঞ্চ পঞ্চভিঃ। তস্য পার্থো ধনুশ্ছিত্ত্বা কেতুং চিচ্ছেদ মারিষ। ॥৬২॥
ভল্লাভ্যাং ভৃশতীক্ষ্ণাভ্যাং তঞ্চ বিব্যাধ পাণ্ডবঃ। স তু পার্থং ত্রিভিবিদ্ধা সিংহনাদমথানদৎ ॥৬৩॥
সর্ব্বপারশবীঞ্চৈব শক্তিং শূরঃ সুদক্ষিণঃ। সঘণ্টাং প্রাহিণোদ্‌ঘোরাং ক্রুদ্ধো গাণ্ডবধন্বনে ॥৬৫॥
সা জলন্তী মহোল্কেব তমাসাদ্য মহারথম্। সবিস্ফুলিঙ্গা নির্ভিদ্য নিপপাত মহীতলে।

শক্ত্যা ত্বভিহতো গাঢ়ং মূর্চ্ছয়াভিপরিপ্লুতঃ ॥৬৫॥

সমাশ্বস্য মহাতেজাঃ সৃক্কণী পরিলেলিহন্। তং চতুর্দ্দশভিঃ পার্থো নারাচৈঃ কঙ্কপত্রিভি ॥৬৬॥
সাশ্বধ্বজধনুঃ সূতং বিব্যাধাচিন্ত্যবিক্রমঃ। রথঞ্চান্যৈঃ সুবহুভিশ্চক্রে বিশকলং শরৈঃ ॥৬৭॥

(যুগ্মকম্)

---

কায়হনা চেম্নখি ॥৫৮॥ অদুগী তুংদা কম্বোজদেশগী নিংথৌ সুদক্ষিণ হায়বহুসু মহাক্কী য়াওলবা শগোলশিং অহুনা মাগী রথবু চিংশল্লক্লূনা, য়েক্লবা নৈহৎপা ওম্বা অর্জ্জনলোমদা চঙশিল্লকই ॥৫৯॥ মহারাজ! মতম্ অদুদা কল্লবা অর্জ্জুননা থৌরবা তেল তরেৎথক্ শত্তূনা সুদক্ষিণগী মথবাক্ত কম্না থাখি। তেল্‌শিং অহুনা মাগী মশাদগী কাওদংথিহুনা, রাংমদা লৈনুংদা থুম্না চঙখি ॥৬০॥ লান্দা, অর্জ্জুনগী গাণ্ডীবদগী পাইথোরকপা তেল ময়াম্ অহুনা থাবদা থোইনা শাউহুনা থৌরবা তেল তরা শত্তূনা অর্জ্জুনদা থাখি ॥৬১॥ অহুদগী অমুক্ মহাক্ন থৌরবা তেল অহুমনা কৃষ্ণদা থারগা, মঙানা অর্জ্জুনদা থাখি। মহারাজ। অদুদগীদি অর্জ্জুননা মহাক্কী লীরুংগা কিয়ালগা ককৃথৎপিরে ॥৬২॥ অদুদগী অমুক্ অর্জ্জুননা য়াম্না থৌরবা তা-মচীন শাবা তেল অমনা সুদক্ষিণগী মথবাক্তা কম্না থাখি। সুদক্ষিণসু থৌরবা তেল অহুম্না কৃষ্ণদা থারগা সিংহনাদ কম্না হৌনা লাউরকই ॥৬৩॥ অদুদগী অমুক্ মরিল্ লৈরবা সুদক্ষিণনা শরীক্ মচা মচানা মখোক্তা রাল্লবা লংলবা শাংলবা তা অমা অর্জ্জুনতম্না লংওকই ॥৬৪॥ শঙাইশেলগী মশক্ ওইরবা শাংলবা লংলবা তা অহুনা অর্জ্জুনগী মশাদা থিল্লমগা, কাওদোক্লূনা চৎখি। তা অহুনা থিন্‌বদা অর্জ্জুন অসি মূর্চ্ছা কংহুনা লৈখি ॥৬৪॥ অদুদগী মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা, তেজ বীর্য লৈরবা, কয়ামুক্ কন্‌থগে হায়বহু হায়নীঙঙাই লৈতবা অর্জ্জুননা ওহাক্ রাম্বরুরগা জ্ঞান তারক্লূনা, মখা ক্রক ক্রক্ চীক্লূনা য়েন্দুনা তেম্না পানবা থৌরবা নারাচ তরামরি কাপশিল্লক্লূনা সুদক্ষিণগী শগোল সারথি কিয়ান্দা থূম্না থূম্না থাখি। মহাক্কী লীরুংবুসু ককৃথৎলে, সারথিগা পাম্না মহাকপুসু থারে। অদুদগী ওহাক্ লৈরগা অর্জ্জুননা তেক্তনা মাগী রথ অহুবু মচেৎ মচেৎ থোক্না থুগাইখি ॥৬৬-৬৭॥

সুদক্ষিণং তং কাম্বোজং যোধশক্রসমবিক্রমম্ । বিভেদ হৃদি বাণেন পৃথুধারেণ পাণ্ডবঃ ॥৬৮॥
স ভিন্নবর্ম্মা স্রস্তাঙ্গঃ প্রভ্রষ্টমুকুটাঙ্গদঃ । পপাতাভিমুখঃ শূরো যন্ত্রমুক্ত ইব ধ্বজঃ ॥৬৯॥
গিরেঃ শিখরজঃ শ্রীমান্ সুশাখঃ সুপ্রতিষ্ঠিতঃ । নির্ভগ্ন ইব বাতেন কর্ণিকারো হিমাত্যয়ে ॥৭০॥
শেতে স্ম নিহতো ভূমৌ কাম্বোজাস্তরণোচিতঃ । মহার্হাভরণোপেতঃ সানুমানিব পর্ব্বতঃ ॥৭১॥

(যুগ্মকম্)

সুদর্শনীয়স্তাম্রাক্ষঃ কর্ণিনা স সুদক্ষিণঃ । পুত্রঃ কাম্বোজরাজস্য পার্থেন বিনিপাতিতঃ ॥৭২॥
ধারয়ন্নগ্নিসঙ্কাশাং শিরসা কাঞ্চনীং স্রজম্ । অশোভত মহাবাহুর্ব্যসুর্ভূমৌ নিপাতিতঃ ॥৭৩॥
ততঃ সর্ব্বাণি সৈন্যানি ব্যদ্রবন্ত সুতস্য তে । হতং শ্রুতায়ুধং দৃষ্ট্বা কাম্বোজঞ্চ সুদক্ষিণম্ ॥৭৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে শ্রুতায়ুধসুদক্ষিণবিনাশে ঊনাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

অদুগী তুংদা খৌরবা তেল অমনা অর্জ্জুননা সুদক্ষিণগী থজৌন্দা কল্লা থাখি। মতম্ অদুদা মানা তৌগে খল্লবা অমদি হোৎনরবা পুম্বা অরেম্বদা তাখ্রে ॥৬৮॥ পম্মোয়দা থৃ্ম্না পানবদা সুদক্ষিণগী হক্চাং কায়াৎ পুম্বা হীকৃথখ্রে। তালমেখলা সনরীক্ অমদি লুহুপ লোইনা হীকৃথহুনা পুমচাই চাইনা তাখ্রে। অদুদগীদি সুদক্ষিণ হায়বসি মরৈ পাল্লবা কীরান্না লৈমায়ণথক্তা তুথ ওাম্থরক্পগুম তুথখি ॥৬৯॥ নিংথম্ থানা হৌখ্রবদা চীওগী চীওদোন্দা হৌবা, পোইদোক্ল নীঙ-জরবা মনা মশা চঙখোন্না পাল্লবা, নীঙথিজনা থাহুনা রাং চাউহনখ্রবা স্থলপথ পাম্বীনা তুথরক্পহুগুম্না, অদুগা লৈতেম মান্নরবা তম্পাক্তা লোয়নরবা চীওজাওনা তুমিন্না তাবগুম্, কজরবা মমল য়াম্রনা শয্যাথক্তা হীপ্নদা মতীক চারবা, সনা লুপা মণিমুক্তানা থাম্নবা কীজোল্ শেৎলবা সুদক্ষিণ কৌবা কম্বোজ দেশগী নিংথৌ অসি থরাই থাহুনা লৈমায়থক্তা তুমিন্না তাখ্রে ॥৭০—৭১॥ মতৌ অস্নুম্না কর্ণি কৌবা (থাঙ অতেনবা খুত্রী মান্‌বা) খুৎলায় অহুনা মশক্ মতৌ কজরবা মমীৎ কোরী মান্‌বা সুদক্ষিণ হায়বা কম্বোজ নিংথৌহুগী মথ্‌াই লৌখি ॥৭২॥ মকোক্ত ঈরং লংনা সনাগী পরেংনা রেৎশিল্লিব, সুদক্ষিণ হায়বহু লৈমায়থক্তা থরাই য়াওদনা তারবহু কাওবা খোইদোক্লা নীঙথিজখি ॥৭৩॥ মহারাজ! অদুগী তুংদা শ্রুতায়ুধগা সুদক্ষিণগা অনীনা শিখিবহু উবদা কম্বোজদেশগী খোঙমী লাম্মী পুম্বা কায়হুনা চেন্নরে ॥৭৫॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেৎখা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা শ্রুতায়ুধ সুদক্ষিণবিনাশগী হুক্তরামাপল্ ওবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্ৰীমহাভারতম্

## অশীতিতমোঽধ্যায়ঃ

মরিফুশুবা অধ্যায় ।

( অম্বষ্ঠবধগী মতাং )

—ঃ(*)ঃ—

### সঞ্জয় উবাচ ।

হতে সুদক্ষিণে রাজন্ । বীরে চৈব শ্ৰুতায়ুধে । জবেনাভ্যদ্রবন্ পাৰ্থং কুপিতাঃ সৈনিকাস্তব ॥১॥
অভীষাহাঃ শূরসেনাঃ শিবযোঽথ বসাতয়ঃ । অভ্যবৰ্ষংস্ততো রাজন্ । শরবর্ষৈৰ্ধনঞ্জয়ম্ ॥২॥
তেষাং ষষ্টিশতানাৰ্য্যান্ প্ৰামথ্নাৎ পাণ্ডবঃ শরৈঃ । তে স্ম ভীতাঃ পলায়ন্তে ব্যাঘ্ৰাৎ ক্ষুদ্ৰমৃগা ইব ॥৩॥
তে নিবৃত্তাঃ পুনঃ পাৰ্থং সৰ্ব্বতঃ পৰ্য্যবারয়ন্ । রণে সপত্নান্ নিঘ্নন্তং জিগীষন্তং পরান্ 'যুধি ॥৪॥
তেষামাপততাং তূৰ্ণং গাণ্ডীবপ্ৰেষিতৈঃ শরৈঃ । শিরাংসি পাতয়ামাস বাহূংশ্চৈব ধনঞ্জয়ঃ ॥৫॥
শিরোভিঃ পাতিতৈস্তত্ৰ ভূমিরাসীন্নিরন্তরা । অভ্ৰচ্ছায়েব চৈবাসীদ্ধ্বাঙ্ক্ষগৃধ্ৰবলৈৰ্যুধি ॥৬॥
তেষু তৃৎসাদ্যমানেষু ক্ৰোধামৰ্যসমন্বিতৌ । শ্ৰুতায়ুশ্চাচ্যুতায়ুশ্চ ধনঞ্জয়মযুধ্যতাম্ ॥৭॥

---

**সঞ্জয়না হায়ঃ**—রথী অথোইবা শ্ৰুতায়ুধগা সুদক্ষিণগা অনীনা তুখিবহু উবদা কৌরব লাম্মী পুম্নমক্ শাওহনা অৰ্জ্জুনতয়া চণ্ডশিল্লকই ॥১॥ মহারাজ ! মতম্ অসিদা অভীষাহ, শূরসেন, শিবি, বসন্তি দেশগী লাম্মীশিংনা পুল্লপ্না অৰ্জ্জুনগী মথক্তা তেম্না নোংচুবগুম্ হৈথরক্লে ॥২॥ মতম্ অহুদা অৰ্জ্জুননা আৰ্য্যজাতিগী লাম্মীলিশিং হুস্ফু অহুবু নৈবা হৌরকলে। অৰ্জ্জুননা অহুম্না নৈরক্পা মতম্ অহুদা শজী শঙাই মপৈনা কৈ লাক্লগা চেন্‌বহুগুম্না মখোয় পুম্বা লোইনা শমুজীকাংনা চেম্নখ্রে ॥৩॥ অৰ্জ্জুননা অসুম্না কৌরব লাম্মীশিংবু হাচ্চিল্লক্পা অহুগা য়েক্লবশিংবু ওমগে হায়না হোৎনরক্পা মতম্ অসিদা চেনখ্রবা লাম্মীশিং অহু অমুক, হোচ্চিল্লক্তুনা অৰ্জ্জুনবু কোয়শিল্লয়ে ॥৪॥ মখোয়না কোয়শিঞ্জে হায়বহু মওাম্ন, অৰ্জ্জুনন মখোয় ময়াম্ অহুগী মওক্ অহু কক্কক্তুনা থাদখি ॥৫॥ মখোয়গী মওক্ অহুনা খুরক্ হাওদনা তারক্পহুদদি লাওজা, কাক, লমহুইনা মপৈ মপৈনা লালকম্ অহু উদমথৈ পাঙশিল্ চেল্‌শিল্লক্পহুদা পাক্ চাউরবা নোংগী মমিনা পুম্নক্প্ কুপ্ শিন্দুমওায়রে ॥৬॥ অৰ্জ্জুননা মতৌ অসুম্না কৌরব লাম্মীশিংবু নৈথাইরক্পা মতম্ অসিদা॥ খোইনা শাউরবা শ্ৰুতায়-অচ্যুতায়ু কৌবা অনীসিনা থেংবদা খাওবা

বলিনৌ স্পর্দ্ধিনৌ বীরৌ কুলজৌ বাহুশালিনৌ। তাবেনং শরবর্ষাণি সব্যদক্ষিণমস্যতাম্ ॥৮॥
ত্বরাযুক্তৌ মহারাজ! প্রার্থয়ানৌ মহদ্‌যশঃ। অর্জ্জুনস্য বধং প্রেপ্সূ পুত্রার্থে তব ধন্বিনৌ ॥৯॥
তাবর্জ্জুনং সহস্রেণ পত্রিণাং নতপর্ব্বণাম্। পূরয়ামাসতুঃ ক্রুদ্ধৌ তড়াগং জলদো যথা ॥১০॥
(যুগ্মকম্)

শ্রুতায়ুশ্চ ততঃ ক্রুদ্ধস্তোমরেণ ধনঞ্জয়ম্। আজঘান রথশ্রেষ্ঠঃ পীতেন নিশিতেন চ ॥১১॥
সোঽতিবিদ্ধো বলবতা শত্রুণা শত্রুকর্ষণঃ। জগাম পরমং মোহং মোহয়ন্ কেশবং রণে ॥১২॥
এতস্মিন্নেব কালে তু সোঽচ্যুতায়ুর্মহারথঃ। শূলেন ভৃশতীক্ষ্ণেন তাড়য়ামাস পাণ্ডবম্ ॥১৩॥
ক্ষতে ক্ষারঞ্চ স দদৌ পাণ্ডবস্য মহাত্মনঃ। পার্থোঽপি সুভৃশং বিদ্ধো ধ্বজযষ্টিং সমাশ্রিতঃ ॥১৪॥
ততঃ সর্ব্বস্য সৈন্যস্য তাবকস্য বিশাংপতে। সিংহনাদো মহানাসীদ্ধতং মত্বা ধনঞ্জয়ম্ ॥১৫॥
কৃষ্ণশ্চ সুভৃশং তপ্তো দৃষ্ট্বা পার্থং বিচেতসম্। আশ্বাসয়ৎ সুহৃদ্যাভির্ব্বাগ্‌ভিস্তত্র ধনঞ্জয়ম্ ॥১৬॥
ততস্তৌ রথিনাং শ্রেষ্ঠৌ লব্ধলক্ষ্যৌ ধনঞ্জয়ম্। বাসুদেবঞ্চ বার্ষ্ণেয়ং শরবর্ষৈঃ সমন্ততঃ ॥১৭॥

---

ওমদহুনা অর্জ্জুনতম়া চঙশিল্লকই ॥৭॥ কল্লবা অর্জ্জুনগা মতম্ পুম্বদা শীঙনদুনা লৈবা, কল্লবা অচৌবা শাগৈদা পোক্লবা, মপাম্বোম্ চাউরবা শ্রুতায়ু-অচ্যুতায়ু হায়বা অনীসিনা য়েৎলোম্ ওইয়রোম্‌দগী হাইজিল্লক্‌না অর্জ্জুনগী মথক্ত তেম্না নোংচুবগুম্ হৈথখি ॥৮॥ মহারাজ! নোংজু-পাম্বাদা অতৎ অথম্ লৈতনা তায়ক্লবা নোংগী মরী মরীনা পুত্রী অমবু থুদক্তা থল্‌হন্‌বদুগুম্না মিংচৎ চাউরবা অচৌবা লীরুং পায়রবা, থোইনা শাউরবা শ্রুতায়ু—অচ্যুতায়ু হায়বা অনী অসিনা অতৎ অথম্ লৈতনা কাপশিল্লক্‌না অর্জ্জুনগী মশা পুম্বা তেন্না পুম্‌রোম্ রোমহন্‌খ্রে অদুদগী অমুক্, থোইনা শাউরবা, রথি অথোইবা, শ্রুতায়ুনা য়েক্লবগী ঈ থকুঙবা থাঙপাক্ মান্‌বা থৌরবা তেল অমা কাপশিল্লক্‌না অর্জ্জুনদা কয়া থাখি ॥১১॥ মতম্ অদুদা য়েক্লবা হাৎঙম্বা, কল্লবা অর্জ্জুন অসি জ্ঞান তাখিদহুনা, কৃষ্ণমকপুম্ব শুংশা থীহন্দুনা ক্লুমিন্ন ওহাক্ লৈখি অদুম্ তৌরিঙৈদা অচ্যুতায়ু হায়বদুনা অর্জ্জুনদা অমুক্ শা'লবা তা অমনা থিন্‌খি ॥১৩॥ অচ্যুতায়ুনা মতৌ অসুম়া হায়া শাথিনা শোক্ত্‌না লৈরবা অর্জ্জুনদা তানা থিন্দুনা হোগায়বা মকম্‌দা থ়্‌মৃতি হৈজিন্‌বগুম্ থোকহনখি। মতম্ অদুদা অর্জ্জুন অসি শাথিনা শোকথিদুনা কিয়াল চৈথোক পায়ঙনা খাঙদুনা লৈখি ॥১৪॥ মহারাজ! মতম্ অদুদা অর্জ্জুন শিরমাকে হায়না নীঙথিদুনা কৌরবকী লাম্মী অয়াম্বা হয়াউ শুংঙাইবনা সিংহনাদ লাউনখি, জয়কার লাউনখি ॥১৫॥ অর্জ্জুননা জ্ঞান তাখিদহুনা লৈবদু উবদা কৃষ্ণনা শুংশা থীদুনা, নীঙথিজবা অথোৎপা রাহৈনা অর্জ্জুনগী মকোক্তা নান্দুনা, লায়কয়রকই—অদুগা থেম্‌জিন্দুনা অর্জ্জুনবু জ্ঞান তাহন্‌খি ॥১৬॥ মতম্ অদুদা রথি অথোইবা শ্রুতায়ু—অচ্যুতায়ু হায়বা অকন্‌বা অনীসিনা, কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীগী মথক্তা মনম্ মনম্ কাপশিল্লক্‌না কৃষ্ণ, অর্জ্জুন, রথ, রথগী চাক্কা, রথগী অম্বারী মথক্, শগোল,

সচক্রকুবররথং সাশ্বধ্বজপতাকিনম্। অদৃশ্যং চক্রতুর্যুদ্ধে তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥১৮॥ (যুগ্মকম্)
প্রত্যাশ্বস্তস্তু বীভৎসুঃ শনকৈরিব ভারত ! । প্রেতরাজপুরং প্রাপ্য পুনঃ প্রত্যাগতো যথা ॥১৯॥
সংছন্নং শরজালেন রথং দৃষ্ট্বা সকেশবম্। শত্রূ চাভিমুখৌ দৃষ্ট্বা দীপ্যমানাবিবানলৌ ॥২০॥
প্রাদুশ্চক্রে ততঃ পার্থঃ শাক্রমস্ত্রং মহারথঃ। তস্মাদাসন্ সহস্রাণি শরাণাং নতপর্ব্বণাম্ ॥২১॥
(যুগ্মকম্)

তেঽভিজঘ্নুর্মহেষ্বাসৌ তাভ্যাং মুক্তাংশ্চ সায়কান্। বিচেরুরাকাশগতাঃ পার্থবাণবিদারিতাঃ ॥২২॥
প্রতিহত্য শরাংস্তূর্ণং শরবেগেন পাণ্ডবঃ। প্রতস্থে তত্র তত্রৈব যোধয়ন্ বৈ মহারথান্ ॥২৩॥
তৌ চ ফাল্গুনবাণৌঘৈর্বিবাহুশিরসৌ কৃতৌ। বসুধামন্বপদ্যেতাং বাতনুন্নাবিব দ্রুমৌ ॥২৪॥
শ্রুতায়ুষশ্চ নিধনং বধশ্চৈবাচ্যুতায়ুষঃ। লোকবিস্মাপনমভূৎ সমুদ্রস্যেব শোষণম্ ॥২৫॥
তয়োঃ পদানুগান্ হত্বা পুনঃ পঞ্চাশতং রথান্! প্রত্যগাদ্ভারতীং সেনাং নিঘ্নন্ পার্থো বরান্ বরান্ ॥২৬॥
শ্রুতায়ুষঞ্চ নিহতং প্রেক্ষ্য চৈবাচ্যুতায়ুষম্। নিযুতায়ুঃ সুসংক্রুদ্ধো দীর্ঘায়ুশ্চৈব ভারত ! ॥২৭॥

---

কিরাল্.—অসিনচিংবা পুন্নমকপু মশক্ উহন্খিত্রে। মাসিমক্ অওকপা থোদোক্ অমা ওইনা থোক্হনখি ॥১৭—১৮॥ ভরতনন্দন মহারাজ! ওহাক্ লৈরগা, অর্জ্জুন অসি খর. খর জ্ঞান তারক্লে মতম্ অদুদা অর্জ্জুন অসি যমালয় য়োক্লরবদগী হল্লকপসি মওায়খ্রে ॥১৯॥ অদুগী তুংদা অর্জ্জুননা মশাবু কৃষ্ণবুসু অদুগা হেক্ লৈরিবা শগোল্ রথনচিংবা তেন্না পুম্‌য়োম্ য়োম্‌খিবদু উবদা অদুগা, মমাওদা যমরাজ অনীগুম্বা শ্রুতায়ুগা-অচ্যুতায়ুগা অনীবু উবদা, ইন্দ্রগী খুৎলায় ঐন্দ্র হায়বদু অর্জ্জুননা খুদক্তা পুথোকখি। মাদুদগী খওহৌদনা তেল লিশিংলিশিং চাম চামনা খুঙ্গাং ওইদুনা পুথোকখি ॥২০—২১॥

পাইথোক্‌খিবা তেল ময়াম্ অদুনা, শ্রুতায়ু-অচ্যুতায়ু অমদি মখোয়গী তেল ময়াম্ অদুবু খুদক্তা মাওহনখি। মতুংদা মখোয়নীগী তেল মখে অর্জ্জুনগী তেল ময়াম্ অদুনা পুম্‌থিং থিংখিদুনা, নোংমদোন্ মকোয়দা পুম্থন থন্না পাইরকলে ॥২১॥ অদুগী তুংদা ঐন্দ্রাস্ত্রদগী থোরক্‌লিবা তেল ময়াম্ অদুনা য়েরুবাশিংগী খুৎলায় পুম্বা মাওহন্দুনা কোন্থংদদি তশেং তশেংনা রথী অনীদুগা অর্জ্জুনগা মুথা মুথী ওইনা শোক্লরকলে ॥২৩॥ ওহাক লৈরগা অর্জ্জুননা কাপলকপা থোরবা খুৎলায়না শ্রুতায়ু-অচ্যুতায়ু অনীগী মওক অনীঃ মতম্ অমতদা কক্‌খিরদ্রদা অনীগী ওক্ য়াওন্নবা হকচাং অনীদু নুংশিংনা মরু মরা য়াওনা ফুতোক্লবা উজাও অনীমা হাইথরকপগুম লৈমায়থক্তা তুথখি ॥২৪॥ মতম্ অদুদা, খুদক্তা ঈপাককী ঈশিংনা কংথখিবগুম্ অনীদুনা তুখিবদু উবদা মীয়াম্ পুম্বা পুম্নক ঙকখি ॥২৫॥ অদুগী তুংদা অর্জ্জুন মখোয় অনীগী লোয়নবা খোওলোয় য়াম্থৈবু হাৎলবা তুংদা মখোয় অনীগী লাম্মী মপৈ অদুবু নৈখাইরকলে ॥২৬॥ মহারাজ! অদুদগীদি শ্রুতায়ু-অচ্যুতায়ু অনীবু, হাৎখিবদু উবদা মখোয়গী মচা নিয়ু-দীর্ঘায়ু

পুত্রৌ তয়োর্নরশ্রেষ্ঠৌ কৌন্তেয়ং প্রতিজগ্মতুঃ। কিরন্তৌ বিবিধান্ বাণান্ পিতৃব্যসনকর্ষিতৌ ॥২৮॥
(যুগ্মকম্)

তাবর্জ্জুনো মুহূর্ত্তেন শরৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ। প্রৈষয়ৎ পরমক্রুদ্ধো যমস্য সদনং প্রতি ॥২৯॥
লোড়য়ন্তমনীকানি দ্বিপং পদ্মসরো যথা। নাশক্নুবন্ বারয়িতুং পার্থং ক্ষত্রিয়পুঙ্গবাঃ ॥৩০॥
অঙ্গাস্তু গজবারেণ পাণ্ডবং পর্য্যবারয়ন্। ক্রুদ্ধাঃ সহস্রশো রাজন্! শিক্ষিতা হস্তিসাদিনঃ ॥৩১॥
দুর্য্যোধনসমাদিষ্টাঃ কুঞ্জরৈঃ পর্ব্বতোপমৈঃ। প্রাচ্যাশ্চ দাক্ষিণাত্যাশ্চ কলিঙ্গপ্রমুখা নৃপাঃ ॥৩২॥
(যুগ্মকম্)

তেষামাপততাং শীঘ্রং গাণ্ডীবপ্রেষিতৈঃ শরৈঃ। নিচকর্ত্ত শিরাংস্যুগ্রো বাহূনপি সভূষণান্ ॥৩৩॥
তৈঃ শিরোভির্মহী কীর্ণা বাহুভিশ্চ সহাঙ্গদৈঃ। বভৌ কনকপাষাণা সংবৃতা ভুজগৈরিব ॥৩৪॥
বাহবো বিশিখৈশ্ছিন্নাঃ শিরাংস্যুন্মথিতানি চ। পতমানান্যদৃশ্যন্ত দ্রুমেভ্য ইব পক্ষিণঃ ॥৩৫॥
শরৈঃ সহস্রশো বিদ্ধা দ্বিপাঃ প্রস্রুতশোণিতাঃ। অদৃশ্যন্তাদ্রয়ঃ কালে গৈরিকাম্বুস্রবা ইব ॥৩৬॥
নিহতাঃ শেরতে স্মান্যে বীভৎসোরর্দ্দিতাঃ শরৈঃ। গজপৃষ্ঠগতা ম্লেচ্ছা নানাবিকৃতদর্শনাঃ ॥৩৭॥

---

কৌবা অনীসিনা মপা মপা হাৎখিবগী শাউহুনা খুৎলায় পূম্বা শেম্ শাহুনা অর্জ্জুনরোমদা কূজিল্লকই ॥২৮-২৯॥ মতম্ অদুদা অর্জ্জুননা থোরবা তেম্না মখোয় অনীবুস্থ পুল্লপ্না যমালয়দা অদুম্ থাদ্রে ॥২৯॥ অদুগী তুংদা শামুনা থম্বালগী বনবু নৈখাইরকপদুগুম্না কৌরব লাম্মী মপৈবু নৈখায়বা তোরক্লে। কৌরব লাম্মা অকন্বশিংনা অর্জ্জুনবু থিংবা ঙম্মক্তে ॥৩০॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা অঙ্গদেশগী শামুতোংবা লাম্মী লিশিং লিশিংনা শাউহুনা চণ্ডশিল্লক্তুনা, মখোয়গী শামু ময়াম্ অদুনা অর্জ্জুনবু পূমকোয় কোয়শিল্লরে। দুর্য্যোধনগী য়াথংদগী কলিঙ্গ দেশনচিংবা নোংপোকলোমগী শামু তোংবা লাম্মীশিংনা অদুগা দক্ষিণাত্যয়োম্গী শামুতোংবা লাম্মীশিংনা চণ্ডশিল্লক্তুনা অর্জ্জুনবু পূমকোয় কোয়শিল্লরে ॥৩১-৩২॥ মখোয়সিনা চণ্ডশিল্লকলবদা অকিরগী মশক্ পুরব অর্জ্জুননা গাণ্ডীব লীরুংবু খুদুম্চেৎনা পায়দুনা তেল মপৈ মপৈ কাপ-শিল্লক্তুনা লাম্মীশিং অদুগী কনাগী মকোক্, মপাম্বোম্, শগোল, সারথি, রথ, রথগী ফিরালশিং অদুবু মচেৎ মচেৎ গতুপ, মতুপ, থোক্না কক্ কক্তুনা থাদখি ॥৩৩॥ মতম্ অদুদা, শিন্না ঈকোয় কোয়শিল্লবা, সনায়াওবা লুংদুম্ মপৈনা কূপশিল্লবা লম্পাক অমগী মতৌগুম্না লালকম্ অদু য়েংবদা অকিবগী মশক্ কংখি ॥৩৪॥ মতম্দুদা, উথক্কী উচেক্ ময়াম্না পাইথরক্পদুগী মতৌগুম্না অর্জ্জুনগী তেম্ কক্লবা শাম্বোম্ কোক্ ময়াম্ অদু লালকম্ লৈমায়থক্তা প্রোপ প্রোপ, কেল্লক্-তারকপদু উনখি ॥৩৫॥ শামু লিশিং লিশিংনা অর্জ্জুনগী তেম্না শিংগুপ শানা-শানা, ঈনা পূম্তোৎ তোত্তুনা লৈমায়থক্ত হাইথখি। বর্ষাগী মতম্দা ভাঙলবা ঈশিং অমদি চীঙজুম্না পূম্নৈত্তে তৈরবা চীঙদুম্ অমমম্গী মতৌগুম্না মীয়াম্না উনখি ॥৩৬॥ য়েংবদা অকিবগী মশক্ ওইরবা শামু মথক্তা তোংলিবা ম্লেচ্ছ লাম্মীশিং অদু মপৈ মপৈ মাম্মী মাম্মী শামু মথক্কী য়ুংনা য়ুংনা হাইথনখি ॥৩৭॥ মহারাজ! মখল্ মখা অয়াম্বা ফিজেৎ শেৎলবা মখল্ মখা অয়াম্বা খুৎও

নানাবেশধরা রাজন্ ! নানাশস্ত্রৌঘসংবৃতাঃ। রুধিরেণানুলিপ্তাঙ্গা ভান্তি চিত্রৈঃ শরৈর্হতাঃ ॥৩৮॥
শোণিতং নির্বমন্তি স্ম দ্বিপাঃ পার্থশরার্দ্দিতাঃ। সহস্রশশ্ছিন্নগাত্রাঃ সারোহাঃ সপদানুগাঃ ॥৩৯॥
চুক্রুশুশ্চ নিপেতুশ্চ বভ্রমুশ্চাপরে দিশঃ। ভৃশং ত্রস্তাশ্চ বহবঃ স্বানেব মমৃদুর্গজাঃ ॥৪০॥
সান্তরায়ুধিনশ্চৈব দ্বিপাস্তীক্ষ্ণবিষোপমাঃ। বিদন্ত্যাসুরমায়াং যে সুঘোরা ঘোরচক্ষুষঃ ॥৪১॥
যবনাঃ পারদাশ্চৈব শকাশ্চ সহ বাহ্লিকৈঃ। গোযোনিপ্রভবা ম্লেচ্ছাঃ কালকল্পাঃ প্রহারিণঃ ॥৪২॥
দার্বাভিসারা দরদাঃ পুণ্ড্রাশ্চৈব সহস্রশঃ। তে ন শক্যাঃ স্ম সংখ্যাতুং ব্রাতাঃ শতসহস্রশঃ ॥৪৩॥
(যুগ্মকম্)

অভ্যবর্ত্তন্ত সংগ্রামে পাণ্ডবং নিশিতৈঃ শরৈঃ। অবাকিরংশ্চ তে ম্লেচ্ছা নানাযুদ্ধবিশারদাঃ ॥৪৪॥
তেষামপি সসর্জ্জাশু শরবৃষ্টিং ধনঞ্জয়ঃ। সৃষ্টিস্তথাবিধা হ্যাসীচ্ছলভানামিবায়তিঃ ॥৪৫॥
অভ্রচ্ছায়ামিব শরৈঃ সৈন্যে কৃত্বা ধনঞ্জয়ঃ। মুণ্ডার্দ্ধমুণ্ডান্ জটিলানশুচীন্ কুটিলাননান্।
ম্লেচ্ছানশাতয়ৎ সর্ব্বান্ সমেতানস্ত্রতেজসা ॥৪৬॥

---

খুৎলায় পায়রবা লাম্মীশিং অহু ইহং নাইহং শাহুনা লালকম্ লৈমায়থক্তা হাইথুনরকৃলি ॥৩৮॥ শামু লিশিং লিশিংনা অহুগা শামুতোংবা লাম্মী লিশিং লিশিংনা মশা মশাহু ঈনা পুন্নুপ লুপ্তুনা, ময়া ময়াদগী ঈ হাথনরি ॥৩৯॥ শামু কয়া কয়ানা নোংখোংগুম্ লাউরকৃলি মকোক্ ভাওহুনা শামু লিশিং লিশিংনা লালকম্ অহুদা কোরবৈ লৈহুনা চেন্নরি। শামু কয়া কয়ানা মখোয়গী মীচঙশিংবু নেৎখায় নেৎখায়হুনা হাক্তোক্লমহুনা চেন্নখি ॥৪০॥ অকিবগীমশক্ ওইরবা, য়েংবদা অকিবা কংনা তম্থিনা মীক্তা তারবা শামুশিং অদো অসুরগী মায়া খঙবমক্তনি। মহুপুরবা লিলগী মতৌগুম্না শামুশিং অহুনা মাগী মাগী লালগী মপোৎ মচৈশিংহুগা মখোয়গী মশক্তাঅতোংবা লাম্মীশিং অহুগা য়াওনা য়াওনা মখোয়গী মীচঙশিংবু নেৎখায় নেৎখায়হুনা চেন্নখ্রে ॥৪১॥ যবন, পারদ, শক অমদি বাহ্লীক দেশগী, যমরাজগী দণ্ডগুম্বা চৈতুপ-য়োচ্ছুক পায়বা লাম্মী লিশিং লিশিংনা, ম্লেচ্ছ লখা লখানা; অহুগা দার্বাভিসার, দরদ, পুণ্ড্রদেশগী লাম্মী লিশিং লিশিংনা মায়কৈ মরিদগী চেলশিল্লকই। মখোয়গী মশীঙদি থীবা লাকপা ঙম্বা নত্তে ॥৪২—৪৩॥

খুৎলায় মথল্ মথল্ হৈরবা, ম্লেচ্ছ-যবন লাম্মীশিং অসি মখুত্তা খুৎলায় পায়খৎ-পায়খত্তুনা অর্জ্জুনতম্না চেলশিল্লকই। অহুগা মখোয়গী থৌর থৌরবা খুৎলায় অহুনা অর্জ্জুনদা মনম্-মনম্ লংশিন থাজিল্লকলে ॥৪৪॥ অর্জ্জুননসু চাম চাম-লিশিংনা খুজিং ওইহুনা মখোয়রোমদা তেল্ মনম্ মনম্ কাপশিল্লক্লে। অর্জ্জুননা কাপলকপা তেল ময়াম্ অহুনা কৌজেং হারো মপৈ মপৈনা পাইশিল্লকপগুম্না মখোয়গী মথক্তা পাইশিন্খি ॥৪৫॥ অর্জ্জুনগী তেল ময়াম্ অহুনা, নোংমদোম্বনা, পুম্নম্ ময়া পাইশিল্লক্লুনা, নোংগী মমিনা কুপশিল্লকপগুম্না, লাম্মী তেজোল মপৈ অহুদা কুপশিল্লবে। অহুদগী তেলশিং অহুনা মরুকোকপা, মরু তংখাই কোকপা, জটাপুবা, কিজেং-চাকচা লুদবা

শরৈশ্চ শতশো বিদ্ধাস্তে সংখ্যা গিরিচারিণঃ। প্রাদ্রবন্ত রণাদ্ভীতা গিরিগহ্বরবাসিনঃ ॥৪৭॥
গজাশ্বসাদিম্লেচ্ছানাং পতিতানাং শিতৈঃ শরৈঃ। বলাঃ কঙ্কা বৃকা ভূমাবপিবন্ রুধিরং মুদা ॥৪৮॥
পত্ত্যশ্বরথনাগৈশ্চ প্রচ্ছন্নকৃতসংক্রমাম্। শরবর্ষপ্লবাং ঘোরাং কেশশৈবলশাদ্বলাম্ ॥৪৯॥
প্রাবর্ত্তয়ন্নদীমুগ্রাং শোণিতৌঘতরঙ্গিণীম্। ছিন্নাঙ্গুলিক্ষুদ্রমৎস্যাং যুগান্তে কালসন্নিভাম্ ॥৫০॥
( যুগ্মকম্ )

অকরোদ্গজসংবাধাং নদীমুত্তরশোণিতাম্। দেহেভ্যো রাজপুত্রাণাং নাগাশ্বরথসাদিনাম্ ॥৫১॥
যথা স্থলঞ্চ নিম্নঞ্চ ন স্যাদ্বর্ষতি বাসবে। তথাসীৎ পৃথিবী সর্বা শোণিতেন পরিপ্লুতা ॥৫২॥
ষট্‌সহস্রান্ হয়ান্ বীরান্ পুনর্দশশতান্ বরান্। প্রাহিণোন্মৃত্যুলোকায় ক্ষত্রিয়ান্ ক্ষত্রিয়র্ষভঃ ॥৫৩॥
শরৈঃ সহস্রশো বিদ্ধা বিধিবৎ কল্পিতা দ্বিপাঃ। শেরতে ভূমিমাসাদ্য শৈলা বজ্রহতা ইব ॥৫৪॥
স বাজিরথমাতঙ্গান্ নিঘ্নন্ ব্যচরদর্জ্জুনঃ। প্রভিন্ন ইব মাতঙ্গো মৃদ্নন্ নলবনং যথা ॥৫৫॥

---

মমায় মক্রক-মক্রক্ লাউবা, ম্লেচ্ছজাতিগী লাম্মী মপৈ অহুবু শাথিনা অরাবা পীথি ॥৪৬॥ মতম্ অহুদা, চৌওদা লৈবা, ম্লেচ্ছ জাতিগী মপৈ মপৈ অহু অর্জ্জুনগী তেম্না পান্‌বদা খাওবা গুম্‌দহুনা চেম্নথে ॥৪৭॥ মতুং অহুদা, কাক, লাওজা, কৈমচামচাশিংনা য়াম্না হয়াউন' মপৈ মপৈ চেল্‌শিন্নক্লৃনা ম্লেচ্ছ লাম্মীশিংগী অশিবা মশাশিং অহু চৌক্-চৌক্লৃনা শেৎ শেৎতুনা চাথি ॥৪৮॥ অহুগী মতুংদা অর্জ্জুননা, প্রলয়গী মতম্‌দা ইপোম্‌হৌনা চেন্নকপী তুরেল অমগী মতো-গুম্বা, ঈতগী তুরেল অম লালকম্ অহুদা চেলহনখি। মাহুদা ঈগী ঈথক্ ইপোম্ কম্না হৌথি। শগোল শামু খোঙমী লাম্মীশিংগী অশিবা মশামক্তগী থোং অমা শাথি। মাহুদা লংথরকপা তারকপা অতেল-অশাং খুৎলায়, জাৎ জাৎ অহু হি অমমম্ পোঙ অমমম্‌গী মতৌগুম্না তাউথখি। লাম্মীশিংগী থবাক পাম্বোমদা শিরম্-চারম্বা লীকোল খুদোপনচিংবা লৈতেং মচাশিং অহুন ঙা মচা অমমম্‌গী মতৌগুম্না ইম্বোইহুনা তাউহুনা শান্নখি। অহুগা শগোলগী, লাম্মীশিংগী মশোং মশম্‌শিং অহুনা তুরেল্‌দা হৌবা চরাংনচিংবা ওইখি ॥৪৯—৫০॥ শগোল শামু মথী অমদি অচৌ অচৌবা নিংথৌ-নিংথৌমচাশিংগী মশাদগীম্ব অর্জ্জুননা অতোপ্পা ঈগী তুরেল অমমুক্ চেম্বহন্‌খি। মাহুদা শামুশিংগী মশামক্তনা ক্রক্‌ক্রক্ ঈহ্লিম্নহুনা লৈখোম থোকখি ॥৫১॥ বর্ষাদা লম্‌পুম্বা ঈশিংনা থুমপ্রনদা লৈতোং অমত উদনা লৈতেম্ চপ্ মান্ননা উবম্বগুম্না, ঈগী ঈশিং ঈচাউনা লালকম্ অহু লৈকুৎ লৈতোং অমত য়াওদনা লৈতেম্ চপ মান্ননা উথি। ॥৫২॥ ক্ষত্রিয় অথোইবা অর্জ্জুন শগোল তোংবা লাম্মী লিশিং হিক্ষ্বু অহুগা অথৌবা ক্ষত্রিয়শিং লিশিং অমবু যমালয়দা থাখি ॥৫৩॥ লালগীদমক বিধি কায়দনা. শেমশাবা শামু লিশিং লিশিংনা অর্জ্জুনগী তেম্না পানবদা বজ্রনা খায়থরবা চৌঙচুম্ অমমম্‌গী মতৌগুম্না লালকম্ লৈমায়থক্তা তাথি ॥৫৪॥ মম্নায় কাম্নবা য়াং চাউরবা শামুশিংনা লালকম্‌দা হৌজিন্নকপা মতম্‌দা মথোয়হুম্ব অর্জ্জুননা কোয়চেল্ চেল্লুনো

ভূরিদ্রুমলতাগুল্মং শুষ্কেন্ধনতৃণোলপম্ । নির্দহেদনলোঽরণ্যং যথা বায়ুসমীরিতঃ ॥৫৬॥
সেনারণ্যং তব তথা কৃষ্ণানিলসমীরিতঃ । শরাচ্চিরমদহৎ ক্রুদ্ধঃ পাণ্ডবাগ্নির্ধনঞ্জয়ঃ ॥৫৭॥ (যুগ্মকম্)
শূন্যান্ কুর্ব্বন রথোপস্থান্ মানবৈঃ সংস্তরন্ মহীম্ প্রানৃত্যদিব সংবাধে চাপহস্তো ধনঞ্জয়ঃ ॥৫৮॥ .
বজ্রকল্পৈঃ শরৈর্ভূমিং কুর্ব্বন্নুত্তরশোণিতাম্ । প্রাবিশদ্ভারতীং সেনাং সংক্রুদ্ধো বৈ ধনঞ্জয়ঃ ॥৫৯॥
তং শ্রুতায়ুস্তথাম্বষ্ঠো ব্রজমানং ন্যবারয়ৎ । তস্যার্জ্জুনঃ শরৈস্তীক্ষ্ণৈঃ কঙ্কপত্রপরিচ্ছদৈঃ ॥৬০॥
ন্যপাতয়দ্ধয়ান্ শীঘ্রং যতমানস্য মারিষ ।। ধনুশ্চাস্যাপরৈশ্ছিত্ত্বা শরৈঃ পার্থো বিচক্রমে ॥৬১॥
( যুগ্মকম্ )
অম্বষ্ঠস্তু গদাং গৃহ্য ক্রোধপর্য্যাকুলেক্ষণঃ । আসসাদ রণে পার্থং কেশবঞ্চ মহাবলম্ ॥৬২॥
ততঃ স প্রহসন্ বীরো গদামুদ্যম্য ভারত ।। রথমাবার্য্য গদয়া কেশবং সমতাড়য়ৎ ॥৬৩॥
গদয়া তাড়িতং দৃষ্ট্বা কেশবং পরবীরহা । অর্জ্জুনো ভৃশসংক্রুদ্ধঃ সোঽম্বষ্ঠং প্রতি ভারত । ॥৬৪॥
ততঃ শরৈর্হেমপুঙ্খৈঃ সগদং রথিনাং বরম্ । ছাদয়ামাস সমরে মেঘঃ সূর্য্যমিবোদিতম্ ॥৬৫॥
ততাপরৈঃ শরৈশ্চাপি গদাং তস্য মহাত্মনঃ । অচূর্ণয়ত্তদা পার্থস্তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৬৬॥

---

থোর থোরবা তেন্না তান্ন-তান্না ককক্তুনা থাদখি ॥৫৫॥ মহারাজ ! সুংশিৎনা কন্না হুমজিল্লরুবা লশ্মেনা কংলবা হৈপাল্ লৈপাল্ উনা রানা নাপী শীঙবী মপৈবু চাকথেক্লকপন্থগুম্না, মৈরি থোক্না চান্নবা, পাণ্ডবশিংগী মন্নুংদা মৈগুম্বা অর্জ্জুননা, কৃষ্ণগী মশক্ ওইবা সুংশিৎনা হুমজিল্লক্তুনা কংলবা বনগী মশক্ ওইরবা কৌরব লান্মী মপৈবু চাক্থেক্লকলে । ॥৫৬—৫৭॥ মথুক্তা লীরুং পায়বা অর্জ্জুননা অতেকপা রথশিংনা অমদি অশিবা মীগী হকচাংনা পুম্নক্প্ কুপথ্রবা লালকম্ অদুদা জগোঈ শা-শাদুনা শোক্নরকপগুম্ অকিবা ফংনা শোক্নরকলে ॥৫৮॥ মতুংদা থোইনা শাউরবা অর্জ্জুননা বজ্রগা মান্নরবা তেলমক্তুনা লালকম্ অদু ঈগী ইথোং চেলহন্ চেলহন্না কৌরব লান্মী মন্নুংদা চঙশিন্খ্রে ॥৫৯॥ অর্জ্জুননা অসুম্না চঙশিল্লকপা মতম্সিদা শ্রুতায়ুগা অম্বষ্ঠগা অনীনা কন্না থিংখি । ঈকায়খুম্নবগী মশক্ ওইরব । মহারাজ ! মতম্ অদুদা য়েন্দুনা তেন্না পান্নবা থোরবা তেলগী মপৈ অমা কাপশিল্লক্তুনা অর্জ্জুননা শ্রুতায়ুগী শগোলশিং অদু লৈমায়থক্তা তুহন্খি । অদুগী তুংদা মাগী লীরুং অদুবুসু ককথৎলম্নগা অসুম্ অমুক চঙশিন্থি ॥৬০—৬১॥ মতম্ অসিদা অম্বষ্ঠনা শাউবনা মমীক্ত ঈ কাদুনা গদা অমা পায়থক্তুনা কল্লবা অর্জ্জুন অমদি কৃষ্ণ তন্না ফুজিল্লকলে ॥৬২॥ ভরতনন্দন মহারাজ ! মতম্ অসিদা অম্বষ্ঠনা কাক্-কাক্ নোক্তুনা গদা অদু হাইগক্তুনা অর্জ্জুনগী রথবু থিংলবা গদা অদুনা চোংথক্তুনা কৃষ্ণদা কন্না থাখি ॥৬৩॥ ভরতশাগৈগী সুংঙাইবগী মশক ওইরবা ! কৃষ্ণগী মশাদা অম্বষ্ঠনা গদানা কন্না থাবদু উবদা অর্জ্জুন অসি থোইদোক্না শাউখ্রে ॥৬৪॥ মতম্ অদুদা নোংনা সূমিৎপু কুপশিন্খিবন্থগুম্না. অর্জ্জুননা সনানা তেন্না তেনকোক্ পান্বা তেলগী মপৈনা রথি অথোইবা অম্বষ্ঠবু কুপশিন্খ্রে ॥৬৫॥ অদুগী তুংদা অর্জ্জুননা তেল কয়ামক্না অম্বষ্ঠগী গদা অদুবু উফুল মমীক মমীক থোক্না কায়হনখি ।

অথ তাং পতিতাং দৃষ্ট্বা গৃহ্যাস্যাং মহতীং গদাম্। অর্জ্জুনং বাসুদেবঞ্চ পুনঃ পুনরতাড়য়ৎ ॥৬৭॥
তস্যার্জ্জুনঃ ক্ষুরপ্রাভ্যাং সগদাবুদ্যতৌ ভুজৌ। চিচ্ছেদেন্দ্রধ্বজাকারৌ শিরশ্চান্যেন পত্রিণা ॥৬৮॥
স পপাত হতো রাজন্। বসুধামনুনাদয়ন্। ইন্দ্রধ্বজ ইবোৎসৃষ্টো যন্ত্রনির্ম্মুক্তবন্ধনঃ ॥৬৯॥
রথানীকাবগাঢ়শ্চ বারণাশ্বশতৈর্বৃতঃ। অদৃশ্যত তদা পার্থো ঘনৈঃ সূর্য্য ইবাবৃতঃ ॥৭০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে অম্বষ্ঠবধে অশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

মাহুমক অঙকপা থৌদোক অমা ওইনা থোকখি ॥৬৬॥ অদুগী তুংদা মাগী গদা অদু তেকখিবা উবদা অতোপ্পা গদা অমা অমুক্ লৌখত্তুনা কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীমক্তা কয়া কয়া থারকলে ॥৬৭॥ অদুদগী অর্জ্জুননা ক্ষুরমচীন্ শাবা, ইন্দ্রগী বজ্রগা মান্নবা, তেল্ অমনা গদাগ লোয়নবা, অম্বষ্ঠগী পাম্বোম্ অদু ককৃথৎখি। অদুদগী মাগী মঙক্ অদু কক্তুনা লৈমায়থক্তা থাদখি ॥৬৮॥ মহারাজ! অদুদগীদি অম্বষ্ঠ অসি, মন্ত্র (মরৈনা) না কয়া কাজিন্দুনা থম্লিবা, ইন্দ্রগী ফিরাম্না তুথরক্পগুম্ লৈমায়থক্ত হাইথখি ॥৬৯॥ অম্বষ্ঠ তুখিবদু উবদা, কৌরব পক্ষগী শগোল তোংবা, শামু তোংবা, খোঙমী লাম্মী লিশিং লিশিংনা, নোংনা মুমিৎপু কুপ্‌শিন্‌থিবগুম্না অর্জ্জুনবু পুম্‌কৃপ কুপখ্রে ॥৭০॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা অম্বষ্ঠবধগী মরিফুগুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## একাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ

### মরিকুমাথোইশুবা অধ্যায়

( দুর্য্যোধননা কবচ লীৎপগী মতাং )

—:(০):—

সঞ্জয় উবাচ ।

ততঃ প্রবিষ্টে কৌন্তেয়ে সিন্ধুরাজজিঘাংসয়া । দ্রোণানীকং বিনির্ভিদ্য ভোজানীকঞ্চ দুর্ভিদম্ ॥১॥
কাম্বোজস্য চ দায়াদে হতে রাজন্ ! সুদক্ষিণে । শ্রুতায়ুধে চ বিক্রান্তে নিহতে সব্যসাচিনা ॥২॥
বিদ্রুতেষ্বপ্যনীকেষু বিধ্বস্তেষু সমন্ততঃ । প্রভগ্নং স্ববলং দৃষ্ট্বা পুত্রস্তে দ্রোণমভ্যগাৎ ॥৩॥
( বিশেষকম্ )

ত্বরন্নেকরথেনৈব সমেত্য দ্রোণমব্রবীৎ । গতঃ স পুরুষব্যাঘ্রঃ প্রমথ্যেমাং মহাচমূম্ ॥৪॥
অত্র বুদ্ধ্যা সমীক্ষস্ব কিং নু কার্য্যমনন্তরম্ । অর্জ্জুনস্য বিঘাতায় দারুণেঽস্মিন্ জনক্ষয়ে ॥৫॥
যথা স পুরুষব্যাঘ্রো ন হন্যেত জয়দ্রথঃ । তথা বিধৎস্ব ভদ্রং তে ত্বং হি নঃ পরমা গতিঃ ॥৬॥
অসৌ ধনঞ্জয়াগ্নির্হি কোপমারুতচোদিতঃ । সেনাকক্ষং দহতি মে বহ্নিঃ কক্ষমিবোত্থিতঃ ॥৭॥
অতিক্রান্তে হি কৌন্তেয়ে ভিত্বা সৈন্যং পরন্তপ ! । জয়দ্রথস্য গোপ্তারঃ সংশয়ং পরমং গতাঃ ॥৮॥

---

সঞ্জয়না হায় ঃ--মহারাজ ! অসিগী তুংদা অর্জ্জুননা জয়দ্রথবু হাৎকে হায়না খন্দুনা মী অমনা চঙবা ঙম্মরোইদৌবা দ্রোণগী লাম্মী মপৈবু অতুগা ভোজগী লাম্মী তেঙ্গোলবু থুগাইদুনা চঙশিন্খ্রবদা, অতুগা অর্জ্জুননা কম্বোজ দেশগী নিংথৌ মচা শ্রুতায়ুবু অহুগা মতীক মগুণ চাউরবা শ্রুতায়ুবু হাৎখ্রবদুদা ; অতুগা কৌরব লাম্মী অয়াম্বনা কায়দুনা চেন্নরবদুদা, দুর্য্যোধননা দ্রোণগী মনাক্ত চৎখি ॥১—৩॥ মহাক্সা, রথ অমগী মথক্তা তোংখত্তুনা দ্রোণগী মনাক্তা লাক্তুনা "গুরুদেব ! অর্জ্জুন মথন্তনা চাউরবা লাম্মী মপৈ অসি নম্থায়দুনা চঙশিল্লক্লে"—অস্মমা তশ্নয়ে ॥৪॥ মহাক্সা অমুক্ হায় ঃ—"গুরুদেব ! অসিগুম্বা লুরবা, শাথিরবা তাঞ্জাসিদা অর্জ্জুনবু হাৎননবা উপায় অসি পায়খৎপিরো" ॥৫॥ "অর্জ্জুননা ওসিগী সুমিত্তা জয়দ্রথবু হাৎখিদনবসি গুরুদেবনা শীনখিয়ু । মরম্দি গুরুদেবদি মতম অসিদ ঐখোয়গী চঙজফম্নি । জয় ওইবিয়ু, মঙ্গল ওইবিয়ু ।" ॥৬॥ মৈরিকংনা চাক্লবা মৈনা বনবু, চাকথেক্পত্তুগুম্না অর্জ্জুনগী অশাউবগী মৈনা ঐগী কৌরব লাম্মী পুম্বা লোইনা চাক্লক্লে ॥৭॥ য়েক্লবা ওম্বা অকন্বা গুরুদেব ! অর্জ্জুননা

স্থিরা বুদ্ধির্নরেন্দ্রাণামাসীদ্ব্রহ্মবিদাং বর ।। নাতিক্রমিষ্যতি দ্রোণং জাতু জীবন্ ধনঞ্জয়ঃ ।৯।
যোঽসৌ পার্থো ব্যতিক্রান্তো মিষতস্তে মহাদ্যুতে ।। সর্ব্বং হ্যদ্যাতুরং মন্যে নেদমস্তি বলং মম ।১০।
জানামি ত্বাং মহাভাগ। পাণ্ডবানাং হিতে রতম্। তথা মুহ্যামি চ ব্রহ্মন্। কার্য্যবত্তাং বিচিন্তয়ন্ ।১১।
যথাশক্তি চ তে ব্রহ্মন্। বর্ত্তয়ে বৃত্তিমুত্তমাম্। প্রীণামি চ যথাশক্তি তচ্চ ত্বং নাববুধ্যসে ।১২।
অস্মান্ ন ত্বং সদা ভক্তানিচ্ছস্যমিতবিক্রম ।। পাণ্ডবান্ সততং প্রীণাস্যস্মাকং বিপ্রিয়ে রতান্ ।১৩।
অস্মানেবোপজীবংস্ত্বমস্মাকং বিপ্রিয়ে রতঃ। নহ্যহং ত্বাং বিজানামি মধুদিগ্ধমিব ক্ষুরম্ ।১৪।
নাদাস্যচ্চেদ্বরং মহ্যং ভবান্ পাণ্ডবনিগ্রহে। নাবারয়িষ্যং গচ্ছন্তমহং সিন্ধুপতিং গৃহান্ ।১৫।
ময়া ত্বাশংসমানেন ত্বত্তস্ত্রাণমবুদ্ধিনা। আশ্বাসিতঃ সিন্ধুপতির্মোহাদ্দত্তশ্চ মৃত্যবে ।১৬।
যমদংষ্ট্রান্তরং প্রাপ্তো মুচ্যেতাপি হি মানবঃ। নার্জ্জুনস্য বশং যাতো মুচ্যেতাজৌ জয়দ্রথঃ ।১৭।
স তথা কুরু শোণাশ্ব। যথা মুচ্যেত সৈন্ধবঃ। মম চার্ত্তপ্রলাপানাং মা ক্রুধঃ পাহি সৈন্ধবম্ ।১৮।

---

গুরুদেবগী লাম্মী মপৈবু থুগাইদুনা কৌরব তেন্জোল মম্মুংদা চঙশিনখিবসি উবদা, জয়দ্রথবু ঙাক্‌শেল্লিবা লাম্মী পুম্বা লোয়না মিপাইনয়ে ॥৮॥ শাস্ত্র পুম্বা হৈরবা গুরুদেব। ময়াম্বা থম্মনম্বদি, অর্জ্জুননা হিংনখিংনদি দ্রোণবু লাম্বোক্ত,না থক চঙশিন্‌খিবা ঙম্মোই অসিনি ॥৯॥ অদুনা অকন্‌বা। অর্জ্জুননা গুরুদেবমকপু লান্‌শিন্দুনা চঙখিবসিনদি ঐনা অস্থুম্ খনবদা ঐগী লাম্মী মপৈ অসে, ঙসি পুম্মুং মুৎথ্রে হায়না খল্লে ॥১০॥ পুক্‌চেল্ চাউবা ব্রাহ্মণ। ঐনা অস্থুম্ খল্লবদা গুরুদেবদি পাণ্ডবশিংবু মম্মুং মম্মুংদা থোইনা মুংশিবিমাল্লে। অমনা ঐনা গুরুদেববু সেনাপতি হাপলুবসি পঙদুনা তৌথ্রমাল্লে হায়না খল্লে ॥১১॥ ব্রাহ্মণ। ঐস্থু ঐনা ঙম্‌জবা মথৌ গুরুদেবদা মতীক্ চানা-চানা চান-থক্লবা কচ্চরি। ঙস্থমথৈ গুরুদেবগী পেম্মনবা হোৎনজরি। মাদু গুরুদেবনা কাউবিরমাল্লে ॥১২॥ অকন্‌বা। মতম্ লৈবা খিবিক্তা ঐখোয় ঈচিন ঈনাওশিংনা গুরুদেবদা থরাই য়াওনা ভক্তি কচ্চগে লৈরিবনি। অদুবু গুরুদেবনা ঐখোয়বু মুংশিবিবা থর রাৎমাল্লে। মরম্‌দি, মুমিৎচুম্বা গুরুদেবনা ঐখোয়গী কত্তনবা শীনবা অদুগা পাণ্ডবশিংগীদি কান্ননবতা শীনবিবগুম্বা অমা হেক হেক্ তৌরি ॥১৩॥ অদুগা গুরুদেবদি ঐখোয়গী ইশাইগোম্বদি-লৈবিরগা থনক্লা মীগী তৌবিরি। ময়াদা খোইহি তৈবা খোরবা থাঙগুম্বা গুরুদেবগী মম্মুংদা লৈরিবা ভাব অসি ঐখোয় করিমতা খঙজদ্রে ॥১৪॥ পাণ্ডবশিংবু জয় তৌগনি হায়না বাশকপিরম্‌দ্রবদি জয়দ্রথনা মাগী ময়ুম্‌দা হল্লথগে হায়বদো ঐনা থিংবিরম্মোইদৌবনি ॥১৫॥ দুর্য্যোধন কৌবা ঐদি ময়াম্বা পঙঙম্মে, মরম্‌দ করিম্মু তৌবিরোইদৌবা গুরুদেবদা আশা থমদুনা জয়দ্রথবু ঙসি অশিবগী খয়াত্ত থাদবিদৌরি ॥১৬॥ ভাইবং মীনা যমরাজগী মথয়াৎ য়োক্লবা কাওবদা কদাচিৎ হিংবা য়য়াই; অদুগা অর্জ্জুনগী মখুত্তা তারবা জয়দ্রথনা মথরাই পুদুনা চৎখিবদি য়ারমোই ॥১৭॥ “মরম্ অদুনা হে আচার্য্য। অদুনা অমা থওদে, অমা থওদে, জয়দ্রথতবুদি কাননবা গুরুদেবনা

## দ্রোণ উবাচ ।

নাত্যাশ্চর্য্যামি তে ধাক্যমশ্বথামাসি মে সমঃ । সত্যন্ত তে প্রবক্ষ্যামি তজ্জুষস্ব বিশাংপতে । ॥১৯॥
সারথিপ্রবরঃ কৃষ্ণঃ শীঘ্রাশ্চাস্য হয়োত্তমাঃ । অল্পঞ্চ বিবরং কৃত্বা তূর্ণং যাতি ধনঞ্জয়ঃ ॥২০॥
কিং ন পশ্যসি বাণৌঘান্ ক্রোশমাত্রে কিরীটিনঃ । পশ্চাদ্রথস্য পতিতান্ ক্ষিপ্তান্ শীঘ্রং হি গচ্ছতঃ ॥২১॥
ন চাহং শীঘ্রযানেঽদ্য সমর্থো বয়সান্বিতঃ । সেনামুখে চ পার্থানামেতদ্বলমুপস্থিতম্ ॥২২॥
যুধিষ্ঠিরশ্চ মে গ্রাহ্যো মিষতাং সর্ব্বধন্বিনাম্ । এবং ময়া প্রতিজ্ঞাতং ক্ষত্রমধ্যে মহাভুজ । ॥২৩॥
ধনঞ্জয়েন চোৎসৃষ্টো বর্ত্ততে প্রমুখে মম । তস্মাদ্দ্বারমুখং হিত্বা নাহং যোৎস্যামি ফাল্গুনম্ ॥২৪॥
তুল্যাভিজনকর্ম্মাণং শত্রুমেকং সহায়বান্ । গত্বা যোধয় মা ভৈস্ত্বং ত্বং হ্যস্য জগতঃ পতিঃ ॥২৫॥
রাজা শূরঃ কৃতী দক্ষো বৈরমুৎপাদ্য পাণ্ডবৈঃ । বীরঃ স্বয়ং প্রযাহ্যাশু যত্র যাতো ধনঞ্জয়ঃ ॥২৬॥

---

শীনবিয়্ন । ঐনা রাহুনা মুংশা থীওনা কন্না হংগচ্চবসে রারোবিগনু ' জয়দ্রথনু কন্ননবা তৌবিয়্ন" ॥১৮॥ দ্রোণনা হায় ঃ---নিংথৌ । নহাক্না ভাওশকপদা দোষশিং অদো ঐ করিমতা শীওথারোই । মরমদি নহাক্ অসে, ঐগী ঈকমুদদি ঈচানিপা অশ্বত্থামাগা চপ্ মান্নরিবনি । অদুবু ঐ নংগী নকমুদা শেংনা হায়দোককে, মাহু তাও ॥১৯॥ কৃষ্ণ হায়বসে, জগৎকী সারথি পুম্নমগী অথোই-অহেনবনি । অদুগা মাগী রথগী শগোলশিং অসে মুংশিংকী মমাঙ থাদুনা চেনবনি । অদুগা মহারথী ওইরবা অর্জ্জুন হায়বা য়েক্নবনা উখিগদৌবা অহোবা অকোম্বা অমতা থমদনা, খুংলৈ-থুনা লাল শোক্নবা হৈবা মীশক্ অমনি ॥২০॥ দুর্য্যোধন ! নহাক্ উহৌদ্রবরা ? মুংশিংকী মমাঙথান থৌখিবা অর্জ্জুনগী রথগী মতুংদা যুথক্ অমরোম্ লাপ্পা, ঐনা কাপখিবা তেল মর‍্যাম্না তাদুনা, লৈহৌবদো ॥২১॥ অদুগী মথক্তা ঐদি অহল ওইরেদো । অদুনা, ঐ হৌজিক খাগা মান্নবা য়াঙবা থুবা ওমদ্রে অদুগা পাণ্ডব লাম্মী পুম্নসে, হৌজিক ঐগী লাম্মীশিংগী মাঙদা থুংঙরেদো ॥২২॥ অদুগা, অকন্বা ! ঐনা, ক্ষত্রিয়শিংগী খ্বাইগী মাঙদা যুধিষ্ঠিরবু ফাগনি হায়না বাশকখি ॥২৩॥ অদুগা অর্জ্জুননা থাদোক্লম্বা যুধিষ্ঠির অদো ঐগী মাঙমক্তদম্ লৈরবনি । অদুনা ঐ, বেহুগী মচীনদা লৈবসি তোক্‌নদুনা, অর্জ্জুনগী মতুং ইন্নরোই ॥২৪॥

অদুগা অর্জ্জুন হায়বসে নহাকীদি শাগৈ অমতনি নহাকা অমতানি । অদুগা মহাক্তি মথক্তনি লাললম্ অসিদা, নহাকীদ অকোয়বদা খোঙমী লাম্মী পীক থন্না লৈরি । অদুনা চৎলু নং, মাগা থেংনক্ল । মরমদি নহাক মতম্ অসিদা জগৎ পুম্নগী নিংথৌ ওইদুনা লৈরি ॥২৫॥ " নহাকৃতি নিংথৌনি, নতীক নথৌনা নরিল্ লৈবা নিপানি । নপাঙ্গলসু য়াম্না কল্লি, লালদস্থ হৈশিংবনি । অদুগা—পাণ্ডবশিংগসু মথা তানিংগাই লৈতনা য়েক্নরুরে । অদুনা নংগী য়েক্নবা অর্জ্জুননা চৎখিবা মকম্ অদুদা নহাকসু চৎল্লো।" ॥২৬॥ দুর্য্যোধননা হায়ঃ— আচার্য্য ! গুরুদেবদি

## দুর্য্যোধন উবাচ।

কথং ত্বামপ্যতিক্রান্তঃ সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরম্। ধনঞ্জয়ো ময়া শক্য আচার্য্য! প্রতিবারিতুম্ ॥২৭॥
অপি শক্যো রণে জেতুং বজ্রহস্তঃ পুরন্দরঃ। নার্জ্জুনঃ সমরে শক্যো জেতুং পরপুরঞ্জয়ঃ ॥২৮॥
যেন ভোজশ্চ হার্দ্দিক্যো ভবাংশ্চ ত্রিদশোপমঃ। অস্ত্রপ্রতাপেন জিতৌ শ্রুতায়ুশ্চ নিবর্হিতঃ ॥২৯॥
সুদক্ষিণশ্চ নিহতঃ স চ রাজা শ্রুতায়ুধঃ। শ্রুতায়ুশ্চাচ্যুতায়ুশ্চ ম্লেচ্ছাশ্চাযুতশো হতাঃ ॥৩০॥
তং কথং পাণ্ডবং যুদ্ধে দহন্তমিব পাবকম্। প্রতিযোৎস্যামি দুর্দ্ধর্ষং তন্মে শংসাস্ত্রকোবিদ। ॥৩১॥
(বিশেষকম্)

ক্ষমশ্চেন্মন্যসে যুদ্ধং মম তেনাদ্য শাধি মাম্। পরবানস্মি ভবতঃ প্রেষ্যবদ্রক্ষ মে যশঃ ॥৩২॥

## দ্রোণ উবাচ।

সত্যং বদসি কৌরব্য! দুরাধর্ষো ধনঞ্জয়। অহন্তু তৎ করিষ্যামি যথৈনং প্রসহিষ্যসি ॥৩৩॥
অদ্ভুতঞ্চাদ্য পশ্যন্তু লোকে সর্ব্বধনুর্দ্ধরাঃ। বিষক্তং ত্বয়ি কৌন্তেয়ং বাসুদেবস্য পশ্যতঃ ॥৩৪॥
এষ তে কবচং রাজন্। তথা বধ্নামি কাঞ্চনম্। যথা সর্ব্বাণি নাস্ত্রাণি প্রহরিষ্যন্তি তে রণে ॥৩৫॥
যদি ত্বাং সাসুরসুরাঃ সযক্ষোরগরাক্ষসাঃ। যোধয়ন্তি ত্রয়ো লোকাঃ সনরা নাস্তি তে ভয়ম্ ॥৩৬॥
ন কৃষ্ণো ন চ কৌন্তেয়ো ন চান্যঃ শস্ত্রভৃদ্রণে। শরানর্পয়িতুং কশ্চিৎ কবচে তব শক্ষ্যতি ॥৩৭॥

---

জগৎ অসিদা খ্বাইদগী হেন্না কনবা হৈবা লাম্মী অমনি হায়রুনা লৈরিবনি। অদুগুম্বা আচার্য্য নহাক্পু লাক্চরম্ত্রুন', হোন্দোক্তূনা চৎথ্রবা অর্জ্জুন মাবু ঐনা করম্না ওম্‌গদগে ? ॥২৭॥ বজ্র পায়বা ইন্দ্রমকপু জয় তৌবা ওয়স্সু য়াই, অদুগা মথুত্তা খুৎলায় পায়রুনা লাক্লব অর্জ্জুনবু ওথদি ওইগোক্লবনি ॥২৮॥ লান্দা পোইনা হৈশিংলবা ব্রাহ্মণ। অর্জ্জুননা ওসি ভোজবংশগী কৃতবর্ম্মাবু অদুগা লাইগুম্বা গুরুদেবমকপুসু মায়থীবা পীরম্রুনা চৎখ্রেদো। শ্রুতায়ুবু হাৎখ্রে, অসিগী মথক্তা সুদক্ষিণ' শ্রুতায়ুধ, অচ্যুতায়ুধ অমুগা ম্লেচ্ছজাতিশিং লাম্মী অযুত অমবু হাৎখ্রে। মৈগুম্না চাক্লবা, মশেক্ মঙাল কল্লবা অর্জ্জুনদুগা করম্না ঐনা থেংনগনি ? অমুক্ত তাকপিয়ু গুরুদেব ॥২৯-৩০॥ ৩১॥ আচার্য্য। ওসি, ঐ অসি অর্জ্জুনগা থেংনবদা মতীক্ চায় হায়না খন্‌বিরবদি করম্না মাগা শোক্লগদগে মাদু অমুক্ত তাক্পিয়ু। ঐ ওসি গুরুদেবদা ননাইগুম্ চঙ্জরি। ঐগী সম্মান মিংচৎসিতদি মাঙ্হনবিগনু ॥৩২॥ দ্রোণনা হায়ঃ— কৌরব নন্দন! অচুম্বনি অর্জ্জুন হায়বসে কনা অমতনা লাক্ওম কাওমত্রবনি। অদুবু অর্জ্জুনগা, মতম্ খর লেপ্লবা, শোক্লনবগী বিধি অদু তাকে—তাও ॥৩৩॥ কৃষ্ণগী মাঙ্মক্তদা দুর্য্যোধন নহাক্না ওসি মুখা মুখী ওইনা থেংনবা অওকপ থৌদোক্ অদো ওসি, জগৎনম্সু উহৌরসনু ॥৩৪॥ ঐনা ওসি নঙোন্দা সনাগী লালকুম্ফিৎ অম লীৎপিগনি। মাদুম্ তৌরবদি অর্জ্জুননা কাপলকপা তেল্ নশাদা পাল্লরোই ॥৩৫॥ মতম অদুদা, লাইহিঙচাবা যক্ষরক্ষগন্ধর্ব্ব কিন্নর পুম্নমক্না নথক্ত হৌরুনা লাক্লবসু নং কৰিমত্ত ক্রিকম্ লৈরে ॥৩৬॥ কৃষ্ণ খঙদে, অর্জ্জুন খঙদে কনা অমতনা নংগী লালফুম্ফিৎ অসিবু

স ত্বং কবচমাস্থায় কুরুমস্ব রণেঽর্জ্জুনম্। ত্বরমাণঃ স্বয়ং যাহি ন ত্বাসৌ প্রসহিষ্যতি ॥৩৮॥

## সঞ্জয় উবাচ।

এবমুক্ত্বা ত্বরন্ দ্রোণঃ স্পৃষ্ট্বাম্ভো বর্ম্ম ভাস্বরম্। আববন্ধাদ্ভুততমং জপন্ মন্ত্রং যথাবিধি ॥৩৯॥
রণে তস্মিন্ সুমহতি বিজয়ায় সুতস্য তে। বিসিস্মাপয়িষু র্লোকান্ বিদ্যয়া ব্রহ্মবিত্তমঃ ॥৪০॥

( যুগ্মকম্ )

## দ্রোণ উবাচ।

করোতু স্বস্তি তে ব্রহ্মা স্বস্তি চাপি দ্বিজাতয়ঃ। সরীসৃপাশ্চ যে শ্রেষ্ঠাস্তে তুভ্যং স্বস্তি ভারত! ॥৪১॥
যযাতির্নহুষশ্চৈব ধুন্ধুমারো ভগীরথঃ। তুভ্যং রাজর্ষয়ঃ সর্বে স্বস্তি কুর্বন্তু নিত্যশঃ ॥৪২॥
স্বস্তি তেঽস্ত্বেকপাদেভ্যো বহুপাদেভ্য এব চ। স্বস্ত্যস্ত্বপাদকেভ্যোঽথ নিত্যং তব মহারণে ॥৪৩॥
স্বাহা স্বধা শচী চৈব স্বস্তি কুর্বন্তু তে সদা। লক্ষ্মীররুন্ধতী চৈব কুরুতাং স্বস্তি তেঽনঘ! ॥৪৪॥
অসিতো দেবলশ্চৈব বিশ্বামিত্রস্তথাঙ্গিরাঃ। বশিষ্ঠঃ কশ্যপশ্চৈব স্বস্তি কুর্বন্তু তে নৃপ! ॥৪৫॥
ধাতা বিধাতা লোকেশো দিশশ্চ সদিগীশ্বরাঃ। স্বস্তি তেঽদ্য প্রযচ্ছন্তু কার্ত্তিকেয়শ্চ ষণ্মুখঃ ॥৪৬॥
বিবস্বান্ ভগবান্ স্বস্তি করোতু তব সর্বতঃ। দিগ্গজাশ্চৈব চত্বারঃ ক্ষিতিশ্চ গগনং গ্রহাঃ ॥৪৭॥
অধস্তাদ্ধরণীং যোঽসৌ সদা ধারয়তে নৃপ।। স শেষঃ পন্নগশ্রেষ্ঠঃ স্বস্তি তুভ্যং প্রযচ্ছতু ॥৪৮॥

থিন্‌গাইবা ককৃথৎপ ভম্মোই ॥৩৭॥ "নহাক লালফুরিৎ থুনা য়াঙনা লীত্তূনা অর্জ্জুন তাম্না চঙশিন্‌খো। মানা নম্যাঙদা খাঙবা ঙম্মরোই" ॥৩৮॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ। অসুম্না হায়রগা বেদশাস্ত্র হৈর খঙলবা দ্রোণাচার্য্যনা মশাগী বিদ্যাগী গুণনা, অউবশিংগী মকম্‌দা অঙকপা অকিবা পোক্‌হন্দুনা, আচমন তৌত্তুনা বিধি কায়দনা তুমিন্না ধ্যান তৌত্তুনা জপ তৌখি। ঙহাক্ লৈরগা দুর্য্যোধননা জয় ওইননবা পাক্‌চাউরবা, সনাতগী মশক্ ওইরবা কবচ [লালফুরিৎ] অম পুখোরক্তুনা, দুর্য্যোধনদা লীৎপিখি ॥৩৯—৪০॥ অদুগী তুংদা দ্রোণনা হায়খিঃ—ভারত নন্দন দুর্য্যোধন। ব্রহ্মানা নংঙোন্দা মঙ্গল পীবিসনু। ব্রহ্মণশিংনা আশীর্ব্বাদ তৌবিসনু। অচৌ অচৌব লিলশিংনসু নহাকপু কন্‌বিসনু ॥৪১॥ যযাতি, নহুষ, ধুন্ধুমার অমদি ভগীরথনচিংবনা নোংমদোস্তুগী নংগী মঙ্গল ওইবা পীবিরক্‌সনু ॥৪২॥ লাঙ্গাও অদুদা খোঙ নামতপান্‌বা, য়াম্না পান্‌বা, ঈপান্ পান্দবা জীবশিংদগীসু নংগী মঙ্গল ওইরকসনু ॥৪৩॥ পাপ য়াওদ্রবা নিংথৌ! স্বাহাস্বধা অমদি শচী দেবীনা নংগী মঙ্গল পীনসনু। লক্ষ্মী অমদি অরুন্ধতী দেবীনা নঙোন্দা মঙ্গল পীনসনু ॥৪৪॥ নিংথৌ! অসিত, দেবল, বিশ্বামিত্র অঙ্গিরা বশিষ্ঠ অদুগা কাশ্যপ—মখোয় অসিনা নহাক্‌পু মঙ্গল ওইহনসনু ॥৪৫॥ জগপতি বিধাতা অমদি ধাত', মায়ৈগে ভাক্‌পা লাইয়াম্বা অদুগা মমায় তরুক্ পান্‌বা স্বামী কার্ত্তিকনা নহাকপু কন্‌বিসনু ॥৪৬॥ ভগবান্ সূর্য্য, দিগ্‌গজ মরি, আকাশ, পৃথি, অমদি গ্রহ পুম্নমক্না নহাকপু কন্‌বিসনু ॥৪৭॥ নিংথৌ। মতম্ লৈবা-

গান্ধারে। যুধি বিক্রম্য নির্জিতাঃ সুরসত্তমাঃ। পুরা বৃত্রেণ দৈত্যেন ভিন্নদেহাঃ সহস্রশঃ ॥৪৯॥
হততেজোবলাঃ সর্ব্বে তদা সেন্দ্রা দিবৌকসঃ। ব্রহ্মাণং শরণং জগ্মুর্ব্বৃত্রাদ্ভীতা মহাসুরাৎ ॥৫০॥

দেবা উচুঃ।

প্রমর্দ্দিতানাং বৃত্রেণ দেবানাং দেবসত্তম।। গতির্ভব সুরশ্রেষ্ঠ। ত্রাহি নো মহতো ভয়াৎ ॥৫১॥
অথ পার্শ্বে স্থিতং বিষ্ণুং শক্রাদীংশ্চ সুরোত্তমান্। প্রাহ তথ্যমিদং বাক্যং বিষণ্ণান্ সুরসত্তমান্ ॥৫২॥
রক্ষ্যা মে সততং দেবাঃ সহেন্দ্রাঃ সদ্বিজাতয়ঃ। ত্বষ্টুঃ সুদুর্দ্ধরং তেজো যেন বৃত্রো বিনির্ম্মিতঃ ॥৫৩॥
ত্বষ্ট্রা পুরা তপস্তপ্ত্বা বর্ষাযুতশতং তদা। বৃত্রো বিনির্ম্মিতো দেবাঃ। প্রাপ্যানুজ্ঞাং মহেশ্বরাৎ।
স তস্যৈব প্রসাদাদ্বৈ হন্যাদ্দেবরিপুর্ব্বলী ॥৫৪॥
নাগত্বা শঙ্করস্থানং ভগবান্ দৃশ্যতে হরঃ। দৃষ্ট্বা জেষ্যথ বৃত্রং তং ক্ষিপ্রং গচ্ছত মন্দরম্ ॥৫৫॥
যত্রাস্তে তপসাং যোনির্দক্ষযজ্ঞবিনাশনঃ। পিনাকী সর্ব্বভূতেশো ভগনেত্রনিপাতনঃ ॥৫৬॥
তে গত্বা সহিতা দেবা ব্রহ্মণা সহ মন্দরম্। অপশ্যংস্তেজসাং রাশিং সূর্য্যকোটিসমপ্রভম্ ॥৫৭॥

---

খিবিকতা, পৃথিবীগী মখাদা লৈহনা পৃথিবীসিবু পুম্নিবা অনন্তশেষ নাগনা নঙোন্দা মঙ্গল পীনরকসনু ॥৪৮॥ গান্ধারী নন্দন! মমাঙৈদা বিত্রাসুর কৌবা দৈত্য অহনা মতীক্ মগুন্ মপাঙ্গন্না লাইয়াম্ খিবিক্পু ভম্হনা, মথোয়গী মশা অহু থিন্গাই থিনগাইহনা, দেবতাশিংবু মায়থীবা পীথি ॥৪৯॥ বিত্রাসুরনা মপাঙ্গল মথৌনা লোইনা মাঙহন্থ্রবা দেবতাশিংনা বিত্রাসুরবু কিহনা চেন্নথি ॥৫০॥ মকম্ অদুদা দেবতাশিংনা ব্রহ্মাদা অশুম্না হায়রুই —"হে দেবতাপুম্নমক্কী মদুংদা অথোইবা! বৃত্রাসুরনা নৈথায়রকপ লাইয়াম্শিংসিবু অমুক্ত কন্বিয়ু। লাই অথোইবা! ঐখোয়বু অকিবাসিদগী অমুক্তদি কন্বিয়ুগবা" ॥৫১॥ মতম্ অদুদা ব্রহ্মানা নাক্ত লৈরিবা বিষ্ণুদা অদুগা মায়থোং লাংশিল্লবা ইন্দ্রনচিংবা লাইরাম্শিংদা অসুম্না হায়খি ॥৫২॥ লাইরাম্ পুম্নমক্! ইন্দ্র নচিংবা দেবতা পুম্নমক্পু ঐনা কন্বিকম্ থোক্ই। ত্বষ্টা প্রজাপতিগী লাকঙম্ ফাঙমল্লবা তেজদগী বৃত্রাসুর হায়বসি থোক্খি-পোক্খিবনি ॥৫৩॥ লাইয়াম্ পুম্নমক্! মমাংঙৈদা ত্বষ্টা প্রজাপতি হায়বহন মতম্ কুইনা তপস্যা তৌহনা, মহাদেবদগী য়াথং লৌহনা বৃত্রাসুরবু পোক্খিবনি। অদুম্ ওইবা বৃত্রাসুর হায়বহনা হৌজিক্ অসিদা মহাদেবগী কৃপাদগী লাইয়াম্শিংবু অদুগা য়েক্লবশিংবু লায়না জয় তৌবা ঙম্লিবনি ॥৫৪॥ অদুনা নখোয়না মহাদেবগী দর্শন ফংলবতদ, নখোয়না বৃত্রাসুরবু জয় তৌবা ঙম্গনি। অদুনা, হৌজিক, নখোয় পুম্নমক্ মন্দর পর্ব্বত তাম্ন চৎলো ॥৫৫॥ "মকম্ অদুদা, তপস্যা পুম্বগী ভুংনকম্, ওইরবা, দক্ষযজ্ঞবু থুগাইবা, পিনাক লৌরুং পায়বা, ভূত প্রেত পুম্বগী মপুখৌ, ভগদেবগী মীৎ কোথোক্খিবা—মহাদেব লৈবনি" ॥৫৬॥ অদুগী তুংদা তেজগী মপৈ ওইরবা সুর্য্য কোটি অমদগী হেন্না জাল্লবা মশেক্

সোহব্রবীৎ স্বাগতং দেবা ব্রূত কিং করবাণ্যহম্। অমোঘং দর্শনং মহ্যং কামপ্রাপ্তিরতোহস্তু বঃ ॥৫৮॥
এবমুক্তাস্তু তে সর্বে প্রত্যূচুস্তং দিবৌকসঃ। তেজো হৃতং নো বৃত্রেণ গতির্ভব দিবৌকসাম্ ॥৫৯॥
মূর্ত্তীরীক্ষস্ব নো দেব। প্রহারৈর্জর্জরীকৃতাঃ। শরণং ত্বাং প্রপন্নাঃ স্ম গতির্ভব মহেশ্বর। ॥৬০॥

শর্ব উবাচ।

বিদিতং মে যথা দেবাঃ! কৃত্যেয়ং সুমহাবলা। ত্বষ্টুস্তেজোদ্ভবা ঘোরা দুর্নিবার্য্যা কৃতাত্মভিঃ ॥৬১॥
অবশ্যন্তু ময়া কার্য্যং সাহ্যং সর্ব্বদিবৌকসাম্। মমেদং গাত্রজং শক্র। কবচং গৃহ্ন ভাস্বরম্।
বধানানেন মন্ত্রেণ মানসেন সুরেশ্বর! ॥৬২॥

দ্রোণ উবাচ।

ইত্যুক্ত্বা বরদঃ প্রাদাদ্বর্ম্ম তন্মন্ত্রমেব চ। স তেন বর্ম্মণা গুপ্তঃ প্রায়াদ্বৃত্রচমূং প্রতি ॥৬৩॥
নানাবিধৈশ্চ শস্ত্রৌঘৈঃ পাত্যমানৈর্মহারণে। ন সন্ধিঃ শক্যতে ভেত্তুং বর্ম্মবন্ধস্য তস্য তু।
ততো জঘান সমরে বৃত্রং দেবপতিঃ স্বয়ম্ ॥৬৪॥
তঞ্চ মন্ত্রময়ং বন্ধং বর্ম্ম চাঙ্গিরসে দদৌ। অঙ্গিরাঃ প্রাহ পুত্রস্য মন্ত্রজ্ঞস্য বৃহস্পতেঃ ॥৬৫॥

---

মঙাল্ মহাদেবগী দর্শন অদুবু মকম্ অদুদা চত্তুনা দেবতাশিংনা ফংখি· ॥৫৭॥ মতম্ অদুদা মহাদেবনা হায়খি:—"লাইয়াম পুম্নমক্! মঙ্গল ওইরিদনকো? ময়াম্গীদমক্ ঐ করি তো হায়বগে? ঐগা উনবসে অরেম্বা থক্ ওইরোই। অদুনা ময়াম্গী নীঙবদু থুংলসনু —" ॥৫৮॥ মতম অদুদা, মহাদেবনা অসুম্ হায়রবদা দেবতা পুম্নমক্না হায়খিঃ—হে দেবদেব! বৃত্রাসুরনা ঐখোয়গী তেজবীর্য্য পুম্নমক্ মাঙহন্ব্রে। অদুনা, ঐখোয়বু মুংশিবীয়ু, কন্বিয়ু ॥৫৯॥ হে দেবদেব! মহাদেব! য়েংবিয়ু বৃত্রাসুরগী থুংলায়না ঐখোয়গী ঈশা পুম্বসে ঈহং নাহং শায়ে। অদুনা ঐখোয় পুম্বা নহাক্কী নকম্দা চঙ্জরি। মহেশ্বর। নহাক্না ঐখোয় থ্বাইগী আশ্রয়নি ॥৬০॥

মহাদেবনা হায়:—লাইয়াম পুম্নমক্! ঐ খঙিও, থোইদোক্লা মপাঙ্গল কল্লবা অকিবগী মূর্ত্তি ওইরবা, বৃত্রাসুর হায়বদু দেবতামক্না মাম্নরবা ত্বষ্টা প্রজা পতিনা পুথোকখিবনি। অকন্বশিং পুম্নমকসু লাকৃঙম্ কাঙমদবনি ॥৬১॥ অদুনা ঐ, শোয়দনা ময়াম্গী মতেং পাঙগনি। অদুনা দেবরাজ ইন্দ্র! নংনা ঐগী হকচাংদগী থোকৃপ্রিবা মশেক মঙাল্ কল্লবা কবচ অসে নহাক্না মানসিক মন্ত্রগা লোয়ননা নশাদা লীচিন্নু ॥৬২॥ দ্রোণনা হায়:—দুর্য্যোধন! মতৌ অসুম্না বর পীনহৈরবা মহাদেবনা কবচ অম মশাদগী পুথোক্তুনা ইন্দ্রদা পীবিখি। ইন্দ্রনা কবচ অদু লীত্তুনা বৃত্রাসুরগী লাম্মী মপৈরোমদা চঙশিনখি ॥৬৩॥ মতম্ অদুদা বৃত্রাসুরনা থুংলায় মখল মখল্ থাজিন্না লংশিন্নকলবসু ইন্দ্রগী কবচ অদুবু খিনগাইধা ঙমখিদে। অদুগী তুংদা ইন্দ্রনা বৃত্রাসুরবু হাৎখি ॥৬৪॥ মতুংদা ইন্দ্রনা কবচ অদুগা মন্ত্র মাওনা বন্ধন তৌগদবা বিধি অদুগা

বৃহস্পতিরথোবাচ অগ্নিবেশ্যায় ধীমতে। অগ্নিবেশ্যো মম প্রাদাত্তেন বধ্নামি বর্ম্ম তে।
তবাদ্য দেহরক্ষার্থং মন্ত্রেণ নৃপসত্তম ।।৬৬।

সঞ্জয় উবাচ।

এবমুক্ত্বা ততো দ্রোণস্তব পুত্রং মহাদ্যুতিম্। পুনরেব বচঃ প্রাহ শনৈরাচার্য্যপুঙ্গবঃ ।৬৭।
ব্রহ্মসূত্রেণ বধ্নামি কবচং তব পার্থিব।। হিরণ্যগর্ভেণ যথা বদ্ধং বিষ্ণোঃ পুরা রণে ।৬৮।
যথা চ ব্রহ্মণা বদ্ধং সংগ্রামে তারকাময়ে। শক্রস্য কবচং দিব্যং তথা বধ্নাম্যহং তব ।৬৯।
বদ্ধা তু কবচং তস্য মন্ত্রেণ বিধিপূর্ব্বকম্। প্রেষয়ামাস রাজানং যুদ্ধায় মহতে দ্বিজঃ ।৭০।
স সন্নদ্ধো মহাবাহুরাচার্য্যেণ মহাত্মনা। রথানাঞ্চ সহস্রেণ ত্রিগর্ত্তানাং প্রহারিণাম্ ।৭১।
তথা দন্তিসহস্রেণ মত্তানাং বীর্য্যশালিনাম্। অশ্বানাং নিযুতেনৈব তথান্যৈশ্চ মহারথৈঃ ।৭২।
বৃতঃ প্রায়ান্মহাবাহুরর্জ্জুনস্য রথং প্রতি। নানাবাদিত্রঘোষেণ যথা বৈরোচনিস্তথা ।৭৩।
( বিশেষকম্ )

ততঃ শব্দো মহানাসীৎ সৈন্যানাং তব ভারত।। অগাধং প্রস্থিতং দৃষ্ট্বা সমুদ্রমিব কৌরবম্ ।৭৪।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে দুর্য্যোধনস্য কবচবন্ধে একাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ।০।

---

অঙ্গিরাদা দান তৌখি। অঙ্গিরা মাগী মচা বৃহস্পতিদা অমুক দান তৌখি ॥৬৫॥ "অহুগী তুংদা বৃহস্পতিনা বুদ্ধি লৈরবা অগ্নিবেশ্য মুণিগী মকমদা দান তৌখি। অহুগীতুংদা অগ্নিবেশ্য মুণিনা দ্রোণ ঐঙোন্দা পীবিখি। অহুনা, নিংথৌ অথোইবা দুর্য্যোধন! ঙসি, কবচ অহু ঐনা নঙোন্দা মন্ত্রগা লোয়ননা পুনবি লিৎপিরিবসিনি" ॥৬৬॥ সঞ্জয়না হায়:—মহারাজ! দ্রোণাচার্য্যনা অসি হায়রগা নচা ঈবুঙো দুর্য্যোধনদা অমুক অস্থম্বা তপ্পা-তপ্পা হায়খি ॥৬৭॥ নিংথৌ! মমাঙৈদা, ব্রহ্মানা বিষ্ণুগী হকচাংদা কবচ পুনবি লৌৎপিখিবহুগুম্বা ঐস্থ ঙসি নঙোন্দা কবচ অসি লৌৎপরিবসিনি ॥৬৮॥ "নিংথৌ! তারকাসুরগী লালগী হাকক্তা, ব্রহ্মানা ইন্দ্রগী মশাদা কবচ লৌৎপিখিবহুগুম্বা, ঐস্থ ঙসি নঙোন্দা কবচ অসি লৌৎপরিবসিনি" ॥৬৯॥ দ্রোণাচার্য্যনা অসি হায়রগা, কবচ অহু লৌৎপিরবা তুংদা দুর্য্যোধনবু লালকদা থাজিনখি ॥৭০॥ মহাত্মা ওইরবা দ্রোণাচার্য্যনা দুর্য্যোধনবু মখুৎমক্তা লালগীদমক শেমশাবিখি। অহুগীতুংদা লান্দা হৈশিংলবা, ত্রিগর্ত্তদেশগী রথী লিশিং অমা, মন্নায় কায়বা মচুম্ব ভারবা শামু লিশিং অম, শগোল নিযুত অমা, অসি নত্তবা মহারথী কয়া কয়ানা ঈকোয় কোয়শিন্দুনা, দুর্য্যোধন অসি পংশেলনচিংবা যন্ত্রশিংগী মখোলগা লোয়ননা, অর্জ্জুনগা থেংনগে হায়রগা লালকদা থোকখি ॥৭১-৭৩॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চায়না শ্রীব্যাসনা লেবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মপুংদা "দুর্য্যোধন কবচবন্ধন"গী মরিক্কুবাথোইবা ।অধ্যায় লোইরে ॥০॥

# শ্রীমহাভারতম্

## দ্ব্যশীতিতমোঽধ্যায়ঃ

### মরিফুনিথোইশুবা অধ্যায়

(জয়দ্রথবধগী মতুংদা অকনবা লাল্)

—:*:—

সঞ্জয় উবাচ।

প্রবিষ্টয়োর্মহারাজ! পার্থবার্ষ্ণেয়য়ো রণে দুর্য্যোধনে প্রয়াতে চ পৃষ্ঠতঃ পুরুষর্ষভে ॥১॥
জবেনাভ্যদ্রবন্ দ্রোণং মহতা নিস্বনেন চ। পাণ্ডবাঃ সোমকৈঃ সার্দ্ধং ততো যুদ্ধমবর্ত্তত ॥২॥
(যুগ্মকম্)
তদ্যুদ্ধমভবত্তীব্রং তুমুলং লোমহর্ষণম্। কুরূণাং পাণ্ডবানাঞ্চ ব্যূহস্য পুরতোঽদ্ভুতম্ ॥৩॥
রাজন্! কদাচিন্নাস্মাভির্দৃষ্টং তাদৃগ্ন চ শ্রুতম্। যাদৃঙ্মধ্যগতে সূর্য্যে যুদ্ধমাসীদ্বিশাংপতে! ॥৪॥
ধৃষ্টদ্যুম্নমুখাঃ পার্থা ব্যূঢ়ানীকাঃ প্রহারিণঃ। দ্রোণস্য সৈন্যং তে সর্ব্বে শরবর্ষৈরবাকিরন্ ॥৫॥
বয়ং দ্রোণং পুরস্কৃত্য সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরম্। পার্ষতপ্রমুখান্ পার্থানভ্যবর্ষাম সায়কৈঃ ॥৬॥
মহামেঘাবিবোদীর্ণৌ মিশ্রবাতৌ হিমাত্যয়ে। সেনাগ্রে প্রচকাশেতে রুচিরে রথভূষিতে ॥৭॥
সমেত্য তু মহাসেনে চক্রতুর্ব্বেগমুত্তমম্। জাহ্নবীযমুনে নদ্যৌ প্রাবৃষীবোল্বণোদকে ॥৮॥
নানাশস্ত্রপুরোবাতো দ্বিপাশ্বরথসংবৃতঃ। গদাবিদ্যুন্মহারৌদ্রঃ সংগ্রামজলদো মহান্ ॥৯॥

---

**সঞ্জয়না হায় ঃ**—মহারাজ! অর্জ্জুন অমদি কৃষ্ণনা চঙশিল্লকুবদা, নিপা অথোইবা দুর্য্যোধননসু মথোয়গী মতুংদা ইমরকুবদা, সোমকশিংগা লোয়নননা য়াম্না নিংথোংবগা লোয়নননা দ্রোণলোমদা চেংশিল্লকনা অদুগী তুংদা অকিবগী মশক ওইরবা লাঙ্গাও অমা থোকখি ॥১—২॥ দ্রোণনা পুরিবা বেহু অদুগী ময়াদা পাণ্ডব কৌরব পক্ষ অনীমক্কী অকিবগী মশক্ ওইরবা, উবদা তুজুংবা পোক্কুবা লাঙ্গাও অদু হৌগ্রে ॥৩॥ মহারাজ! নুমিৎনা নোংমদোনগী ময়ায় চপ চানা থোক্লকুবা মতম্ অদুদা থোক্খিবা লাঙ্গাও অদুগুম্বা মমাঙদা ঐখোয় খক উখি তাখিদ্রি ॥৪॥ ধৃষ্টদ্যুম্ননচিংবা পাণ্ডবপক্ষকী অকনবশিংনা, কৌরবপক্ষনা বেহুশারকপদু উবদা দ্রোণগী মথক্তা তেন্তনা নোং চুবগুম্ হৈথমকলে ॥৫॥ অদুদগী কৌরব লান্মীশিংসু দ্রোণাচার্য্যবু মাঙ থাহন্নুনা পাণ্ডবশিংগী লান্মী মপৈরোম্দা কন্না কন্না কাপশিন্বা হৌরকলে ॥৬॥ মতম্ অদুদা, নিংথমথানা লোইপ্রবা তুংদা নোংমদোঙ্ক্তা মুংশিংনা মায়োক্নুনা হুমজল্লকুবা চাউরবা নোং মতুম অনীগুম্না অকনবা অনী অদু মুখামুখী ওইনা থেংনবা হৌখি ॥৭॥ নোংজুপাম্বাদা ঈশিং ইপোমগা লোয়ননা গঙ্গা

তারযাজানিলোদ্ধূতঃ শরধারাসহস্রবান্। অভ্যবর্ষন্মহারৌদ্রঃ পাণ্ডুসেনাগ্নিমুদ্ধতম্ ॥১০॥

(যুগ্মকম্)

সমুদ্রমিব ঘর্ম্মান্তে বিবান্ ঘোরো মহানিলঃ। ব্যক্ষোভয়দনীকানি পাণ্ডবানাং দ্বিজোত্তমঃ ॥১১॥

তেঽপি সর্ব্বপ্রযত্নেন দ্রোণমেব সমাদ্রবন্। বিভিৎসন্তো মহাসেতুং বার্য্যোঘাঃ প্রবলা ইব ॥১২॥

বারয়ামাস তান্ দ্রোণো জলৌঘানচলো যথা। পাণ্ডবান্ সমরে ক্রুদ্ধান্ পাঞ্চালাংশ্চ সকেকয়ান্ ॥১৩॥

তথা পরেঽপি রাজানঃ পরিবৃত্য সমন্ততঃ। মহাবলা রণে শূরাঃ পাঞ্চালানন্ববারয়ন্ ॥১৪॥

ততো রণে নরব্যাঘ্রঃ পার্ষতঃ পাণ্ডবৈঃ সহ। সংজঘানাসকৃদ্দ্রোণং বিভিৎসুররিবাহিনীম্ ॥১৫॥

যথৈব শরবর্ষাণি দ্রোণো বর্ষতি পার্ষতে। তথৈব শরবর্ষাণি ধৃষ্টদ্যুম্নোঽপ্যবর্ষত ॥১৬॥

স নিস্ত্রিংশপুরোবাতঃ শক্তিপ্রাসর্ষ্টিসংবৃতঃ। জ্যাবিদ্যুচ্চাপসংহ্রাদো ধৃষ্টদ্যুম্নবলাহকঃ ॥১৭॥

শরধারাশ্মবর্ষাণি ব্যসৃজৎ সর্ব্বতো দিশম্। নিঘ্নন্ রথবরাশ্বৌঘান প্লাবয়ামাস বাহিনীম্ ॥১৮॥

(যুগ্মকম্)

---

যমুনা অনীনা হাইজিন্নবা-তিন্নবগুম্, লাম্মী মপৈ অনীহু হাইজিন্নখি ॥৮॥ চাউর চাউরবা শগোল শামু রথনা থল্লবা কৌরব লাম্মী মপৈ অহুনা, অকিবগী মশক্ ফংনা পাক্ চাউরবা নোং মপাক অমগুম্না, লৈম্মেগী মতৌগুম্না চাকশিল্লরুবা পাণ্ডব তেঙ্গোলগী মথক্তা, মথল মথা অয়াম্বা খুৎলায়না নোং মরী অমমম্গুম্না অতৎ অথম্ লৈতনা চুথরকপে। মাঙথানা শীৎপা হুম্বা মুংশিৎকী মতৌগুম্না খুৎলায়শিংনা পাইশিন্নরকলবদা, নোংথাং মরী অমমম্গী মতৌগুম্বা তগুপ তরেংবা চাউর শাংলবা গদা ময়াম্ অহু হাইগৎনরক্‌ই। তেল লিশিং লিশিংনা নোংমরী অমমম্গুম্ হৈথরকলে। নোং মপাক্ অহুবু দ্রোণ কৌবা মুংশিৎনা পাণ্ডবলাম্মী তেঙ্গোল্লোম্দা হুম্জিল্লকলি ॥৮—১০॥

অহুগী তুংদা, কালেম্হাদা, অকিবগী মশক্ ওইরব, কল্লবা মুংশিৎনা হুমজিল্লক্পদগী সমুদ্রনা ঈথক শৌরক্পগুম্ দ্রোণমথন্তনা অহুক্ চাউবা পাণ্ডব লাম্মী তেঙ্গোল অহু মথুম্মরাং হৌহল্লকলে ॥১১॥ ঈশিংগী ইপৈ ইপোম্না ফুজিল্লক্‌না চাউরবা থোং নমথেরক্পগুম্ পাণ্ডবলাম্মী মপৈস্তু কৌরব পক্ষগী লাম্মী মপৈবু নম্থায়হুনা চণ্ডশিল্লকলে ॥১২॥ কল্লবা ঈশিং ইচেল ইরৈবু মরক্ত চীওহুম্ অমনা থিংহুনা মৌথংহুম্বগুম দ্রোণাচার্য্যনস্তু লালকম্ অহুদা থোইনা শাউরবা পাণ্ডব, পাঞ্চাল অহুগা কেকয়শিং অহুবু কৈগাক কৈনা থিংহুনা থম্থি ॥১৩॥ অহুগা কল্লব কৌরব লাম্মী মপৈ অমনা পাঞ্চাল দেশগী লাম্মী মপৈ অহুবু পুম্কোয় কোয়শিন্‌থ্রে ॥১৪॥ অহুদগী ধৃষ্টদ্যুম্না পাণ্ডবলাম্মীশিংগা লোয়ননা, কৌরব লাম্মী তেঙ্গোল অহুবু হেক্ত নম্থায়রগে হায়না নীঙহুনা, দ্রোণতম্না খুৎলায় মথল মথল্ল থাজিন্-কাপশিন্‌বা হৌরকলে ॥১৫॥ দ্রোণনা ধৃষ্টদ্যুম্নগী মথক্তা খুৎলায় মথল মথল্লা অতৎ অথম্ লৈতনা কৈথরক্পা অহুপ, ধৃষ্টদ্যুম্ননস্তু দ্রোণগী মথক্তা কাপশিন থাজিন্‌বা হৌরকলে ॥১৬॥ [illegible] পূথদা থাঙ চুজোয়নচিংবা য়াম্বা পুরবা

যং যমার্চ্ছচ্ছরৈর্দ্রোণঃ পাণ্ডবানাং রথব্রজম্। ততস্ততঃ শরৈর্দ্রোণমপাকর্ষত পার্ষতঃ ॥১৯॥
তথা তু বর্তমানস্য দ্রোণস্য যুধি ভারত।। ধৃষ্টদ্যুম্নং সমাসাদ্য ত্রিধা সৈন্যমভিদ্যত ॥২০॥
ভোজমেকেঽভ্যবর্ত্তন্ত জলসন্ধং তথাপরে। পাণ্ডবৈর্হন্যমানাশ্চ দ্রোণমেবাপরে যযুঃ ॥২১॥
সংঘট্টয়তি সৈন্যানি দ্রোণস্তু রথিনাং বরঃ। ব্যধমচ্চাপি তান্যস্য ধৃষ্টদ্যুম্নো মহারথঃ ॥২২॥
ধার্ত্তরাষ্ট্রাস্ত্রিধা ভূতা বধ্যন্তে পাণ্ডুসৃঞ্জয়ৈঃ অগোপাঃ পশবোঽরণ্যে বহুভিঃ শ্বাপদৈরিব ॥২৩॥
কালঃ সংগ্রসতে লোকান্ ধৃষ্টদ্যুম্নেন মোহিতান্। সংগ্রামে তুমুলে তস্মিন্নিতি সংমেনিরে জনাঃ ॥২৪॥
কুনৃপস্য যথা রাষ্ট্রং দুর্ভিক্ষব্যাধিতস্করৈঃ। দ্রাব্যতে তদ্বদাপন্না পাণ্ডবৈস্তব বাহিনী ॥২৫॥
অর্করশ্মিবিমিশ্রেষু শস্ত্রেষু কবচেষু চ। চক্ষূংষি প্রত্যহন্যন্ত সৈন্যেন রজসা তথা ॥২৬॥

---

ধৃষ্টদ্যুম্ননা, মুরবা নোং মতুম্ মতুমা হৈথরকপদুগুম্না, তেল অমমন্থু নোংমরী অগমম্গী মতৌগুম্ দ্রোণাচার্য্যগী মথক্তা হৈথরক্লে। শগোল শামু রথী কয়া কম্নাবু হাত্তুনা কৌরব তেঙ্গোল্ অদুবু তেল মপৈতগী ঈশিং ঈচাউনা থূম্হল্লকলে। মতম্ অদুদা, ধৃষ্টদ্যুম্নগী মাওদা কোয়দ্রে কোয় হাইরিবা থাওশাং অদুসু নোং মরীক মরীকী মমাঙ থানা শীৎপা মুংশিৎ ইপোম্গী মশক্ ওইখ্রে। লীরী খণ্ড-খণ্ড কাপলকৃপদুনা তগুপতরেং কুপকেৎ কাকেৎ তৌবা নোংথাং অমমম্গী মশক্ ওইখ্রে। লীরী থীওবগী মখোম্না নোং খাক্পা খোংবগী মশক্ ওইখি ॥১৭—১৮॥ দ্রোণাচার্য্যনা পাণ্ডব লাম্মীশিংবু নৈখাইরকপা মতম্সিদা, ধৃষ্টদ্যুম্ননসু তেলগী পাম্বৈতনা, মনীঙ-হন্দোক হন্দোক্লা শোক্লরক্লুমা দ্রোণবু লাপ্পা চিংহনা পুথোরক্লে ॥১৯॥ মহারাজ। দ্রোণনা, কৌরব লাম্মী মপৈ অদুবু লেঙদনা, অমত ওইনা চাইথোক্হন্দনা থম্গে হায়না হোৎনরম্বদু য়াদদুনা, কৌরবলাম্মী তেঙ্গোল্ মপৈ অদু শরুক্ অহুম্ থোক্ল কায়খ্রে ॥২০॥

পাণ্ডব লাম্মীশিংনা তকশিল্লকলবদুদা, মচেৎ অহুম্ থোক্লা কায়রবা কৌরব তেঙ্গোল্ অদু শরুক অমনা কৃতবর্ম্মাগী, শরুক অমনা জলসন্ধগী, শরুক্ মপৈ অমনা দ্রোণগী আশ্রয়দা হোচ্চিরখি ॥২১॥ অদুদগী, কায়রিবা অদু দ্রোণনা কম্না হোৎনদুনা অমুক খোম্জিল্লি। ধৃষ্টদ্যুম্ননা মাদু অমুক থুগাইদুনা মশুং অহুম্ থোক্লা কায়হল্লি ॥২২॥ কৌরব লাম্মী মপৈনা মত্তৌ অদুম্না কায়থোক কায়শিন্ তৌদুনা পুম্চাই চাইদুনা লৈরিঙৈসিদা, বনগী মপুংদা অশেনবা অওাকূপা শাঞ্জুবা শাশলগী মপৈবু কৈ নোংশানচিংবন তান্খাই নৈখাইরকপগুম্ পাণ্ডবশিং অমদি সৃঞ্জয়শিংনা কৌরব লাম্মী মপৈবু তক্খায়বা হৌরক্লে ॥২৩॥ মতম্ অদুদা ময়াম্না অস্নুমা খনখি ঃ— অকিবগী মশক্ কংলবা লালক্ম্ অসিদা ধৃষ্টদ্যুম্ননা কৌরব লাম্মীশিংবু মত্রনা শুম্খ্রে ; অদুগা কাল কৌবা লাই অদুনা কৌরব লাম্মী মপৈবু য়োচ্ছিল্লক্লে ॥২৪॥ মহারাজ। মতীক্ চাদবা কত্তবা নিংথৌগী লৈপাক্তা, ঈশিং চাউবা চাক্ তাঙবা, নোং তাদবা অসিনচিংবা উপদ্রবনা প্রজাশিংবু তুম্না মাওহল্লকপদুগুম্না পাণ্ডবশিংনা মরম্ ওইদুনা কৌরব লাম্মী মপৈদো মাওথ-

ত্রিধাভূতেষু সৈন্যেষু বধ্যমানেষু পাণ্ডবৈঃ। অমর্ষিতস্ততো দ্রোণঃ পাঞ্চালান্ ব্যধমচ্ছরৈঃ ॥২৭॥
স্বদু,ত্তান্যনীকানি নিঘ্নতশ্চাপি সায়কৈঃ। বভুব রূপং দ্রোণস্য কালাগ্নেরিব দীপ্যতঃ ॥২৮॥
রথং নাগং হয়ঞ্চাপি পত্তিনঞ্চ বিশাংপতে!। একৈকেনেষুণা সংখ্যে নিবিভেদ মহারথঃ ॥২৯॥
পাণ্ডবানান্তু সৈন্যেষু নাস্তি কশ্চিৎ স ভারত!। দধার যো রণে বাণান্ দ্রোণচাপচ্যুতান প্রভো। ॥৩০॥
তৎ পচ্যমানমর্কেণ দ্রোণসায়কতাপিতম্। বভ্রাম পাণ্ডবং সৈন্যং তত্র তত্রৈব ভারত। ॥৩১॥
তথৈব পার্ষতেনাপি কাল্যমানং বলং তব। অভবৎ সর্ব্বতো দীপ্তং শুষ্কং বনমিবাগ্নিনা ॥৩২॥
বধ্যমানেষু সৈন্যেষু দ্রোণপার্ষতসায়কৈঃ। ত্যক্ত্বা প্রাণান্ পরং শক্ত্যা যুধ্যন্তে সর্ব্বতোমুখাঃ ॥৩৩॥
তাবকানাং পরেষাঞ্চ যুধ্যতাং পুরুষর্ষভ!। নাসীৎ কশ্চিন্মহাবাহো! যোঽত্যাক্ষীৎ সংযুগং ভয়াৎ ॥৩৪॥
ভীমসেনন্তু কৌন্তেয়ং সোদর্য্যাঃ পর্য্যবারয়ন্। বিবিংশতিশ্চিত্রসেনো বিকর্ণশ্চ মহারথঃ ॥৩৫॥
বিন্দানুবিন্দাবাবন্ত্যৌ ক্ষেমধূর্ত্তিশ্চ বীর্য্যবান্। ত্রয়াণাং তব পুত্রাণাং ত্রয় এবানুযায়িনঃ ॥৩৬॥

---

মুথরকৃলে ॥২৫॥ মতম্ অদুদা, চাক্লবা মুমিৎকী মশেক্পা য়ৈবদা লান্মীশিংগী লালফূরিৎনচিংবদু ঈরং
ঈরং লংলকপদুদা কনা অমতনা ওন্থত্তু না য়েংবা ঙম্নরক্ত্রে। অদুগুম্না, লান্মী ময়াম্ অদুগী মথোঙগী
উফূম্না মপৈ মপৈ হাইগংলকপদুদা মী অমগমগা মীশক্ মিশা খণ্ডনরক্ত্রে ॥২৬॥ কৌরবলান্মী
মপৈহনা অহুম্থোক্লা কায়থ্রবদুদা পাণ্ডবশিংনা মখোয়বু তান্না তান্না হাৎপা হৌরকলে। মতম্
অদুদা শাউরবা দ্রোণাচার্য্যনস্থ পাঞ্চালশিংবু অস্থমস্থম হাচ্চিল্লকলে ॥২৭॥ দ্রোণনা পাণ্ডবলান্মী-
শিংবু হাচ্চিল্লকপা মতম্সিদা মহাক্কী মশক্ অদু য়েংবদা প্রলয়গী মতম্গী মৈবুল অমগুম্থি
॥২৮॥ মহারাজ মতম্ অদুদা দ্রোণমথন্তনা, তেল্ অমমম্না মতম্ অমতদা, রথী অম, খোঙমী
অমা, শগোল অমা, শামু অমা হাৎখি ॥২৯॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা, পাণ্ডবপক্ষগী মনুংদা
দ্রোণগী তেন্না পান্দবা, অদুগা দ্রোণগী তেলগী চৈনাবু খাঙবা ওম্ব, কনা অমত য়াওখিদ্রে
॥৩০॥ মহারাজ! পাণ্ডব লান্মীশিং অসি, মতম অসিদা মুমিৎকী মঙাল্না (মুংশাগা) চাক্শিল্লকপগা
দ্রোণগী তেলগী মৈনা চাক্শিল্লকপগা কোয়রৈ লৈহনা খাওখি ॥৩১॥ মতৌ অদুম্না নাকল
অমনা ধৃষ্টদ্যুম্ননা তক্শিল্লকপদা কৌরব লান্মীশিং অদুস্থ মৈনা চাকশিল্লকলবা কংলবা বন অমগী
মতৌগুম্না চাক্থেক্পা হৌরকলে ॥৩২॥ মাগী মাগী মায়কৈদগী দ্রোণ-ধৃষ্টদ্যুম্ন অনীনা তক্শিল্লক্-
লবা মতম্সিদা পক্ষ অনীমক্কী লান্মীশিং অদু মথ,াই পান্মুদনা, অকং অকংবগা খুৎথেংনন্না
শোক্ররকলে ॥৩৩॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা কৌরব পাণ্ডবপক্ষ অনীমক্তা, লালকম্ থাদোক্কুনা
লীঙহন্মনা চেন্গে নীঙবা অদুগা চেন্বা কনা অমত য়াওখিদ্রে ॥৩৪॥ অদুগীতুংদা বিবিংশতি,
চিত্রসেন, অদুগা মহারথী বিকর্ণ মচীন্মনাও অহুমসিনা পুন্নপ্না ভীমসেনবু থিংখি ॥৩৫॥ অবন্তি
দেশগী বিন্দ অনুবিন্দ কৌবা অনীনা অদুগা কন্নবা, ক্ষেমমূর্ত্তি অহুম্ অসিনা নচা ঈবুঙো

বাহ্লীকরাজস্তেজস্বী কুলপুত্রো মহারথঃ। সহসেনঃ সহামাত্যো দ্রৌপদেয়ানবারয়ৎ ॥৩৭॥
শৈব্যো গোবাসনো রাজা যোধৈর্দশশতাবরৈঃ। কাশ্যস্যাভিভুবঃ পুত্রং পরাক্রান্তমবারয়ৎ ॥৩৮॥
অজাতশত্রুং কৌন্তেয়ং জলন্তমিব পাবকম্। মদ্রাণামীশ্বরঃ শল্যো রাজা রাজানমাবৃণোৎ ॥৩৯॥
দুঃশাসনস্ত্বসংভ্রাপ্য স্বমনীকমমর্ষণঃ। সাত্যকিং প্রযযৌ ক্রুদ্ধঃ শূরো রথবরং যুধি ॥৪০॥
স্বকেনাহমনীকেন সন্নদ্ধঃ কবচাবৃতঃ। চতুঃশতৈর্মহেষ্বাসৈশ্চেকি তানমবারয়ম্ ॥৪১॥
শকুনিস্তু সহানীকো মাদ্রীপুত্রমবারয়ৎ। গান্ধারকৈঃ সপ্তশতৈশ্চাপশক্ত্যসিপাণিভিঃ ॥৪২॥
বিন্দানুবিন্দাবাবন্ত্যৌ বিরাটং মৎস্যমার্চ্ছতাম। প্রাণাংস্ত্যক্ত্বা মহেষ্বাসৌ মিত্রার্থেঽভ্যুদ্যতায়ুধৌ ॥৪৩॥
শিখণ্ডিনং যাজ্ঞসনিং রুন্ধানমপরাজিতম্। বাহ্লীকঃ প্রতিসংযত্তঃ পরাক্রান্তমবারয়ৎ ॥৪৪॥
ধৃষ্টদ্যুম্নঞ্চ পাঞ্চাল্যং ক্রূরৈঃ সার্দ্ধং প্রভদ্রকৈঃ। আবন্ত্যঃ সহ সৌবীরৈঃ ক্রুদ্ধরূপমবারয়ৎ ॥৪৫॥
ঘটোৎকচং তথা শূরং রাক্ষসং ক্রূরকর্ম্মিণম। অলায়ুধোঽদ্রবত্তূর্ণং ক্রুদ্ধমায়ান্তমাহবে ॥৪৬॥
অলম্বুষং রাক্ষসেন্দ্রং কুন্তিভোজো মহারথঃ। সৈন্যেন মহতা যুক্তঃ ক্রুদ্ধরূপমবারয়ৎ ॥৪৭॥
সৈন্ধবঃ পৃষ্ঠতস্ত্বাসীৎ সর্ব্বসৈন্যস্য ভারত।। রক্ষিতঃ পরমেষ্বাসৈঃ কৃপপ্রভৃতিভী রথৈঃ ॥৪৮॥

---

অহুম্সিগী মতুংইন্নে ॥৩৬॥ কল্লবা, মরিল্ লৈরবা বাহ্লীকনা মহাক্কী পাত্রমিত্র-মন্ত্রীশিংগা লোয়নননা দ্রৌপদী মচাশিংবু খিংহনা থম্খি ॥৩৭॥ শিবিদেশগী গোবাসন নিংথৌনা মশিং রাৎনা প্তারবা লান্মী লিশিং অমগা তিন্নহনা, মতীক্মগুণ চাউরবা কাশী নিংথৌ অভিভূবগী মচাবু খিংহনা থম্খি ॥৩৮॥ মদ্রদেশগী নিংথৌ শল্যনা মৈরি কংনা চাক্লবা মৈগী মতৌগুম্না কুন্তীনন্দন যুধিষ্ঠিরবু খিংহনা থম্খি ॥৩৯॥ মীগী চাওখৎপা, য়েংহনা খাঙহনা লৈতম্দবা দুঃশাসননা য়াম্না শাউনা লান্মী মপৈগা লোয়নননা, রাথি অথোবা সাত্যকিরোমদা ফূজিন্খি ॥৪০॥

মহারাজ! সঞ্জয় ঐ ঈশামক্ লালগীদমক্ শেম্শাহনা ঐগী খোঙলোয় লান্মী চামারগা লোয়নননা চেকিতান লোমদা চঙশিল্লি ॥৪১॥ শকুনিনা লীরুং তেন্সতা নত্তনা থাঙ-তা পায়বা গান্ধার দেশগী লান্মী চাত্রেৎকা লোয়নননা নকুল সহদেব অনীবু খিংখি ॥৪২॥ মরূপ্ দুর্য্যোধনগী-দমক্তা অবন্তিদেশগী বিন্দ অনুবিন্দ অনীনা মথ্বাই থারবস্থু অহুমগায়রে থন্দুনা মৎস্য দেশগী নিংথৌ বিরাটপু চৈনা পীহনা নৈবা হৌরকলে ॥৪৩॥ দ্রুপদগী মচা অমুক্ত মায়থীদ্রিবা শিখণ্ডীনা চঙশিল্লক্লনা খিংবা মতম্দা বাহ্লীকনা য়াম্না চেকশিন্না—মতীক মগুণ চাউরবা কল্লবদুবু খিংহনা থম্খি ॥৪৪॥ পাঞ্চালদেশগী নিংথৌগী মচা, কল্লবা, লাক্ক ফানা ভমত্রবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা তমখিরবা প্রভদ্রকশিংগা লোয়নননা চঙশিল্লকপা মতম্ অসিদা অবন্তি দেশগী কল্লবা অমনা সৌবীরশিংগা লোয়নননা মহাকপু কন্না খিংখি॥৪৫॥ কল্লবা, তম্খিরবা মথৌতনা মাগী ওইরবা ঘটোৎকচনা চঙশিল্লকপা মতম্দা অলায়ুধনা মক্তোল্লোমদা চেন্শিন্খি ॥৪৬॥ হিংচাবা অথোইবা অলম্বুষনা কৌরব পক্ষদগী চেন্শিল্লকপা মতম্দা মহারথী ওইরবা কুন্তিভোজনা পাকচাউরবা লান্মী মপৈ অমগা চেন্-শিল্লক্লনা মাবু খিংখি ॥৪৭॥ ভরতনন্দন, মহারাজ! জয়দ্রথ অহু মতম্ অসিদা লান্মীশিং অহুগী

তস্থাতাং চক্ররক্ষৌ যৌ সৈন্ধবস্য বৃহত্তমৌ। দ্রৌণির্দক্ষিণতো রাজন্। সূতপুত্রশ্চ বামতঃ ।৪৯।
পৃষ্ঠগোপাশ্চ তস্যাসন্ সৌমদত্তিপুরোগমাঃ। কৃপশ্চ বৃষসেনশ্চ শলঃ শল্যশ্চ দুর্জয়ঃ ।৫০।
নীতিমন্তো মহেষাসাঃ সর্ব্বে যুদ্ধবিশারদাঃ। সৈন্ধবস্য বিধায়ৈবং রক্ষাং যুযুধিরে ততঃ ।৫১।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে সঙ্কুলযুদ্ধে দ্বাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ।০। *

---

মনীগু লৈ। লীরুং অচোবা পায়রবা কম্বোরবা কৃপাচার্য্যনচিংবনা মাবু ঙাকশেন্দুনা থম্‌খি ॥৪৮॥ মহারাজ! অর্কন্‌বা অনীনা সিন্ধুরাজবু ঙাকশেন্দুনা থম্‌খ্রে। অকন্‌বা অনীগুদি অমনা অশ্বত্থামানি, অমনা কর্ণনি। অশ্বত্থামানা জয়দ্রথগী য়েৎলোম্‌দা অহুগা কর্ণনা ওয়রোমদা লৈ ॥৪৯॥ ভূরিশ্রবানচিংবা অকনবশিংনা অহুগা, কৃপ, বৃষসেন, শল, লাকওম্ কাওম্‌দ্রবা শল্য মথোয় অসিনা জয়দ্রথগী তুংলোম্‌দা ঙাকশেন্দুনা লৈ ॥৫০॥ লালগী নীতি খঙলবা, অচোবা লীরুং পায়রবা, লান্দা থোইনা হৈশিংলবা অকন্‌বশিংনা মতৌ অসুম্না জয়দ্রথবু ঙাক্‌শেন্দুনা লাম্থেংনবা হৌখি ॥৫১॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, দ্রোণপর্ব্বদা, জয়দ্রথবধগী মনুংদা সঙ্কুলযুদ্ধগী মরিফুনিথোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

# শ্রীমহাভারতম্

## ত্র্যশীতিতমোঽধ্যায়ঃ।

মরিফ্ হুমদোইশুবা অধ্যায়ঃ।

( জয়দ্রথ হাৎপগী মতাংদা অকন্‌বা লাল )

—ঃ(০)ঃ—

সঞ্জয় উবাচ।

রাজন্! সংগ্রামমাশ্চর্য্যং শৃণু কীর্ত্তয়তো মম। কুরূণাং পাণ্ডবানাঞ্চ যথা যুদ্ধমবর্ত্তত ॥১॥
ভারদ্বাজং সমাসাদ্য ব্যূহস্য প্রমুখে স্থিতম্। অযোধয়ন্ রণে পার্থা দ্রোণানীকং বিভিৎসবঃ ॥২॥
রক্ষমাণঃ স্বকং ব্যূহং দ্রোণোঽপি সহসৈনিকঃ। অযোধয়দ্রণে পার্থান্ প্রার্থয়ানো মহদ্‌যশঃ ॥৩॥
বিন্দানুবিন্দাবাবন্ত্যৌ বিরাটং দশভিঃ শরৈঃ। আজঘ্নতুঃ সুসংক্রুদ্ধৌ তব পুত্রহিতৈষিণৌ ॥৪॥
বিরাটশ্চ মহারাজ। তাবুভৌ সমরে স্থিতৌ। পরাক্রান্তৌ পরাক্রম্য যোধয়ামাস সানুগৌ ॥৫॥
তেষাং যুদ্ধং সমভবদ্দারুণং শোণিতোদকম্। সিংহস্য দ্বিপমুখ্যাভ্যাং প্রভিন্নাভ্যাং যথা বনে ॥৬॥
বাহ্লীকং রভসং যুদ্ধে যাজ্ঞসেনির্মহাবলঃ। আজঘ্নে বিশিখৈর্ঘোরৈস্তীক্ষ্ণৈর্ম্মর্মাস্থিভেদিভিঃ ॥৭॥
বাহ্লীকো যাজ্ঞসেনিন্তু হেমপুঙ্খৈঃ শিলাশিতৈঃ। আজঘান ভৃশং ক্রুদ্ধো নবভির্নপর্ব্বভিঃ ॥৮॥
তদ্‌যুদ্ধমভবদ্‌ঘোরং শরশক্তিসমাকুলম্। ভীরূণাং ত্রাসজননং শূরাণাং হর্ষবর্দ্ধনম্ ॥৯॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! মতম্ অসিদা কৌরবকা পাণ্ডবশিংগা কন্না শোক্লখিবা লান্‌গী মতাং অহু মথং শীৎনা লীথজগে তাবিয় ॥১॥ পাণ্ডবশিংনা কৌরবকী পক্ষদগী শারকপা বেহু অহুবু নম্‌থেক্কে হায়না খন্দুনা, বেহুহুগী মনাক্ত চঙশিন্দুনা দ্রোণগা কন্না থেংনবা হৌখি ॥২॥ দ্রোণস্থ লান্মীশিংগা লোয়নননা য়াম্ন চ্যেক্‌শিন্না, লাইনীঙহুনা বেহু অহুবু ঙাকশেন্দুনা পাণ্ডবলান্মীশিংগা কন্না থেংনখি ॥৩॥ মহারাজ! মহারাজগী নচাঈবুঙো দুর্য্যোধনগী ক্ননবত্তা খন্‌বা বিন্দ অনুবিন্দ অনীনা থোইদোক্না, শাউনা, থৌরবা তেল তরানা বিরাট নিংথৌদা থাখি ॥৪॥ মহারাজ! বিরাট'স্থ মতম্ অহুদা, মথৌনা মপাঙ্গল উত্তুনা, খোঙলোয় লান্মীশিংগা লোয়নননা চঙলকপা অকনবা অনীহুদা কন্না থাখি ॥৫॥ মতম অহুদা, বনগী মন্নুংদা কল্লবা ময়ায় কারবা, মচুম্ তারবা, শাম্ন লমশা অনীনা, য়াথিন্নরক্‌পহুগুম্না অকন্‌বা অনীসি থেংনবা হৌরক্‌লে। মতম্ অহুদা ঈগী ঈচেল কন্না চেন্থখি ॥৬॥ কল্লবা শিখণ্ডীনা, অকিবগী মশক ওইরবা, থৌরবা, থন্মোয় কায়বা য়ারবা তেলগী মপৈনা বাহ্লীকতা কন্না থাখি ॥৭॥ বাহ্লীকস্থ থোইদোক্না অশাউবগা লোয়নন, মথৌশঙ্‌লবা থৌরবা তেল মাপন্না শিখণ্ডীদ থাখি ॥৮॥ থাঙ-তা তেম্নচিংবা খুৎলায় মপৈ মপৈনা

তাভ্যাং তত্র শরৈর্মুক্তৈরন্তরীক্ষং দিশস্তথা । অভবৎ সংবৃতং সর্ব্বং ন প্রাজ্ঞায়ত কিঞ্চন ॥১০॥
শৈব্যো গোবাসনো যুদ্ধে কাশ্যপুত্রং মহারথম্ । সসৈন্যো যোধয়ামাস গজঃ প্রতিগজং যথা ॥১১॥
বাহ্লীকরাজঃ সংক্রুদ্ধো দ্রৌপদেয়ান্ মহারথান্ । মনঃ পঞ্চেন্দ্রিয়াণীব শুশুভে যোধয়ন্ রণে ॥১২॥
অযোধয়ংস্তে সুভৃশং তং শরৌঘৈঃ সমন্ততঃ । ইন্দ্রিয়ার্থা যথা দেহং শশ্বদ্দেহভৃতাং বর । ॥১৩॥
বার্ষ্ণেয়ং সাত্যকিং যুদ্ধে পুত্রো দুঃশাসনস্তব । আজঘ্নে সায়কৈস্তীক্ষ্ণৈর্নবভির্নতপর্ব্বভিঃ ॥১৪॥
সোঽতিবিদ্ধো মহেষ্বাসো মহেষ্বাসেন ধন্বিনা । ঈষন্মূর্চ্ছাং জগামাশু সাত্যকিঃ সত্যবিক্রমঃ ॥১৫॥
সমাশ্বস্তস্তু বার্ষ্ণেয়স্তব পুত্রং মহারথম্ । বিব্যাধ দশভিস্তূর্ণং সায়কৈঃ কঙ্কপত্রিভিঃ ॥১৬॥
তাবন্যোন্যং দৃঢ়ং বিদ্ধাবন্যোন্যশরবিক্ষতৌ । রেজতুঃ সমরে রাজন্ ! পুষ্পিতাবিব কিংশুকৌ ॥১৭॥
অলম্বুষস্তু সংক্রুদ্ধঃ কুন্তিভোজশরার্দ্দিতঃ । অশোভত ভৃশং লক্ষ্ম্যা পুষ্পাঢ্য ইব কিংশুকঃ ॥১৮॥
কুন্তিভোজং তথা বিদ্ধ্বা বক্ষো বহুভিরাশুগৈঃ । অনদদ্ভৈরবং নাদং বাহিন্যাঃ প্রমুখে তব ॥১৯॥
ততস্তৌ সমরে শূরৌ যোধয়ন্তৌ পরস্পরম্ । দদৃশুঃ সর্বসৈন্যানি শক্রজম্ভৌ যথা পুরা ॥২০॥

---

কাতু কারল্ কোয়পাই পাইশিন্নরক্লবা লালকম অহুদা, লাল্ অহু মরিল মথৌনা কৈবশিংগী মকমদা নুংঙাইনকম্ মথুম্মরাং হৌনকম্ ওই। অহুগা কিগনবশিংগী মকম্দদি মিপাইনকম্ ওইখি ॥৯॥ লাম্মীশিংনা কাপথোনরকপা খুৎলায় মক্তনা, নোংমদোন্ মকোয় অহু পুম্থন্ থনগ্রে, অমগমগা মীশক-মিশা করিমত্ত উনখিদ্রে ॥১০॥ শামু অনীনা য়াথিন্নবা অহুগী মতৌগুম্না শিবিনিংথৌনা গোবাসনগী লাম্মী মপৈগা লোয়ননা মহারথী কাশীপুত্রগা লোয়ননা কন্না থেংনখি ॥১১॥ পুক্নীং কৌবা ইন্দ্রিয়গা মপানগী ইন্দ্রিয়গা লাম্থেংনবহুগুম্না, বাহ্লীককা দ্রৌপদীগী মচা মহারথী মঙাগা কন্না থেংনখি ॥১২॥ মহারাজ ! ইন্দ্রিয় মঙানা হকচাংগা অমুক্ থেংন ঈন্নবহুগুম্না, দ্রৌপদীগী মচা মঙা অঙ্গস্থ লালকম্ অহুদা বাহ্লীককী লাম্মী মপৈ অহুগা কন্না থেংনরকলে ॥১৩॥ মহারাজ ! নচা ঈবুঙো দুঃশাসননা থৌরবা তেল মাপন্না বৃষ্ণি বংশগী সাত্যকিগা কন্না থেংনখি ॥১৪॥ অকনবা মহারথীনি হায়না কাওরবা দুঃশাসননা কন্না কাপশিল্লকপহুদা অচৌব লীরুং পায়বা, থাঙ্গৈশেংনা মপাঙ্গল কল্লবা সাত্যকি অসি ঙহাক্তং জ্ঞান তাদনা লৈখি ॥১৫॥ ঙহাক লৈরগা জ্ঞান তারক্লনা থেন্দুনা তেন্না পানবা তেল তরানা দুঃশাসনগী মশাদা কন্না শাথিনা থাখি ॥১৬॥ মহারাজ ! অহুদগী দি মখোয় অনীসি অমগমগা কন্না থানরকপহুদা, মশা মউহু ঈহং নাইহং শানখিহুনা, অঙাংবা মপান্না খল্লবঃ কুরাউ পাম্বী অনীগুম্না থোইদোক্না নীঙখিজখি ॥১৭॥ মায়কৈ অমরোম্দা অলম্বুষনা, কুন্তিভোজগী তেন্না কন্না পানবহুদা থোইদোক্না শাউখিহুনা অহুগা মশাহু ঈহং নাইহং শাখিহুনা ঙাওঙ্গনা কুরাউ পাম্বী অমগী মতৌগুম্না উখি ॥১৮॥ অহুগীতুংদা অলম্বুষনা কুন্তিভোজদা য়াম্না শাথিনা থারগা, অকিবকংনা কন্না লাউরকই ॥১৯॥ অহুগীতুংদা মমাঙৈদা, লাইহিংচাবনী

শকুনিঃ রভসং যুদ্ধে কৃতবৈরশ্চ ভারত ।। মাদ্রীপুত্রৌ সুসংরব্ধৌ শরৈরার্দ্দয়তাং ভৃশম্ ॥২১॥
তুমুলঃ সুমহান্ রাজন্ । প্রাবর্ত্তত জনক্ষয়ঃ । ত্বয়া সংজনিতো রাজন্ । কর্ণেন চ বিবর্দ্ধিতঃ ॥২২॥
রক্ষিতস্তব পুত্রৈশ্চ ক্রোধমূলো হুতাশনঃ । য ইমাং পৃথিবীং রাজন্ । দগ্ধুং সর্বাং সমুদ্যতঃ ॥২৩॥
(যুগ্মকম্)

শকুনিঃ পাণ্ডুপুত্রাভ্যাং কৃতঃ স বিমুখঃ শরৈঃ । ন স্ম জানাতি কর্ত্তব্যং যুদ্ধে কিঞ্চিৎ পরাক্রমম্ ॥২৪॥
বিমুখঞ্চৈনমালোক্য মাদ্রীপুত্রৌ মহারথৌ । ববর্ষতুঃ পুনর্বাণৈর্যথা মেঘৌ মহাগিরিম্ ॥২৫॥
স বধ্যমানো বহুভিঃ শরৈঃ সন্নতপর্বভিঃ । সংপ্রায়াজ্জবনৈরশ্বৈর্দ্রোণানীকায় সৌবলঃ ॥২৬॥
ঘটোৎকচস্তথা শূরো রাক্ষসং তং হলায়ুধম্ । অভ্যযাদ্রভসং যুদ্ধে বেগমাস্থায় মধ্যমম্ ॥২৭॥
তয়োর্যুদ্ধং মহারাজ ! চিত্ররূপমিবাভবৎ । যাদৃশন্তু পুরা বৃত্তং রামরাবণয়োর্মৃধে ॥২৮॥
ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা মদ্ররাজানমাহবে । বিদ্ধা পঞ্চাশতা বাণৈঃ পুনর্বিব্যাধ সপ্তভিঃ ॥২৯॥
তযোঃ প্রববৃতে যুদ্ধং রাজ্ঞোরত্যদ্ভুতং নৃপ ।। যথা পূর্বং মহদ্‌যুদ্ধং শম্বরামররাজযোঃ ॥৩০॥

---

লালকম্‌দা, লাম্মী ময়াম্ন ইন্দ্রগা জম্ভাসুরগা অনীবু উথিবগুম্ন, পক্ষঅনীমক্কী লম্মীশিংনা, অমগমগা কন্না থেংনহুনা লৈরিবা কুন্তিভোজগা জম্ভাসুরগা অনীবু উথি ॥২০॥ মহারাজ! ভরতনন্দন ! মায়কৈ অমবোম্‌দা থোইদোক্লা শাউরবা, নকুল সহদেব অনী। শকুনিদা কন্না শাথিনা থারকলে ॥২১॥ নিংথৌ। অহুগুম্বা অকনবা লালফম অহুদা, মাহুগী নুমিৎ্তা, লাম্মী মশীং নাইদনা শিখি। মরম্‌দি, মহারাজ ! লাম্মী পুম্বগী অশাউবগী মৈ অসে, মমাঙৈদা ঈহান হানবদা মহারাজমক্লা থাগংপিখিবনি, কর্ণনা কামৎখিবনি, নচা ঈবুঙোশিংনা মৈ মুত্তনবা মৈ অচৌ ওমাশন্দুনা থম্লকলবনি । অহুগুম্বা মৈ অহুনা জগৎ পুম্বনু চাক্লেক্কে হায়না হোৎনখি ॥২২-২৩॥ শকুননা মহীকমগুণ মথৌনাগা লোয়ননা কন্না শোক্লবা হৌরক্লবা মতম্‌সিদা, নকুল সহদেব অনীনা মহাক্পু মতম খরগী মতুংদা মমাগ ওন্দুনা চেলহনখি ॥২৫॥ শকুনিনা মমাঙ ওন্দুনা চেনশিবহু উবদা, নকুল সহদেব অনীনা শকুনিগী মতুংদা তাম্ন তাম্নহনা, মাগী মপক্তা তেন্তনা নোংচুপগুম্ন হৈথখি ॥২৫॥ নকুল সহদেব কন্না তাম্নরকপহু উবদা, শকুনি অসি মাগী শগোলশিং অহুনু কন্না থোখিহুনা, দ্রোণনা লৈরিবা মায়কৈরোমদা চেন্‌শিন্‌খি ॥২৬॥ অমরোমদা কন্থৌরবা ঘটোৎকচনা, মপাঙ্গল থেক্লা অলায়ুধ কৌবা হিংচাবা অহু তম্না ফুজিল্লকই ॥২৭॥ মহারাজ ! মমাংঙৈদা, লালকমদা রামগা রাবণগা শোক্লখিবহুগুম্না ঘটোৎকচগা অলায়ুধগা অকিবকংনা থেংনখি ॥২৮॥ অমরোম্‌দা যুধিষ্ঠিরনা থৌরবা তেল য়াঙথৈনা শল্যদা থারগা, তরেৎ অমনা অমুক্ কন্না থাখি ॥২৯॥ মহারাজ ! মমাঙৈদা ইন্দ্রগা শম্বরাসুরগা থেংনখিবহুগুম্না যুধিষ্ঠিরগা শল্যগা কন্না

বিবিংশতিশ্চিত্রসেনো বিকর্ণশ্চ তবাত্মজঃ। অযোধয়ন্ ভীমসেনং মহত্যা সেনয়া বৃতাঃ ॥৩১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে সঙ্কুলযুদ্ধে ত্র্যশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

থেংনখি ॥৩০॥ অমরোমদা নচা ইবুংঙো বিবিংশতি, চিত্রসেন অমদি বিকর্ণ অহুম্ অসিনা পুল্লপা লাম্মী মপৈ অমগা লোয়ননা ভীমসেনগা কন্না থেংবা হৌরক্লে ॥৩১॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মতুংদা সঙ্কুলযুদ্ধগী মরিফুছুমদোইশুবা অধ্যায় লোইরে।

---

# শ্রীমহাভারতম্

## চতুরশীতিতমোঽধ্যায়ঃ

মরিফুমরিশুবা অধ্যায়।

( অশ্বত্থবধগী মতাং )

—ঃ(*)ঃ—

সঞ্জয় উবাচ।

তথা তস্মিন্ প্রবৃত্তে তু সংগ্রামে রোমহর্ষণে। কৌরবেয়াংস্ত্রিধা ভূতান্ পাণ্ডবাঃ সমুপাদ্রবন্ ॥১॥
জলসন্ধং মহাবাহুং ভীমসেনোঽভ্যবর্ত্তত। যুধিষ্ঠিরঃ সানীকঃ কৃতবর্ম্মাণমাহবে ॥২॥
কিরংস্তু শরবর্ষাণি রোচমান ইবাংশুমান্। ধৃষ্টদ্যুম্নো মহারাজ! দ্রোণমভ্যদ্রবদ্রণে ॥৩॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! মতৌ অশুম্বা ভুজুংবা পোক্লবা লালজাও অসিনা কন্না চথ-রক্লবদা, মচেৎ অহুম থোক্লা কায়গ্রবা কৌরব লাম্মীশিং অহু তম্না পাণ্ডবশিং অসি চেন-শিল্লকই ॥১॥ ভীমসেননা জলসন্ধরামদা চেনশিল্লি। যুধিষ্ঠিরনা লাম্মী মপৈ অমগা লোয়ননা কৃতবর্ম্মা তম্না চেন্শিল্লি ॥২॥ মহারাজ! ধৃষ্টদ্যুম্ননা তেলগী মপৈবু নোংগী মতৌগুম্না চুথ চুথহন্দুনা,

ততঃ প্রববৃতে যুদ্ধং ত্বরতাং সর্ব্বধন্বিনাম্। কুরূণাং পাণ্ডবানাঞ্চ সংক্রুদ্ধানাং পরস্পরম্ ॥৪॥
সংক্ষয়ে তু তথা ভূতে বর্ত্তমানে মহাভয়ে। দ্বন্দ্বীভূতেষু সৈন্যেষু যুধ্যমানেষ্বভীতবৎ ॥৫॥
দ্রোণঃ পাঞ্চালপুত্রেণ বলী বলবতা সহ। যদক্ষিপৎ পৃষৎকৌঘাংস্তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৬॥ (যুগ্মকম্)
পুণ্ডরীকবনানীব বিধ্বস্তানি সমন্ততঃ। চক্রাতে দ্রোণপাঞ্চাল্যৌ নৃণাং শীর্ষাণ্যনেকশঃ ॥৭॥
বিনিকীর্ণানি বীরাণামনীকেষু সমন্ততঃ। বস্ত্রাভরণশস্ত্রাণি ধ্বজবর্ম্মায়ুধানি চ ॥৮॥
তপনীয়বিচিত্রাঙ্গাঃ সংসিক্তা রুধিরেণ চ। সংসক্তা ইব দৃশ্যন্তে মেঘসংঘাঃ সবিদ্যুতঃ ॥৯॥
কুঞ্জরাশ্বনরানন্যে পাতয়ন্তি স্ম পত্রিভিঃ। তালমাত্রাণি চাপানি বিকর্ষন্তো মহারথাঃ ॥১০॥
অসিচর্ম্মাণি চাপানি শিরাংসি কবচানি চ। বিপ্রকীর্য্যন্ত শূরাণাং সংপ্রহারে মহাত্মনাম্ ॥১১॥
উত্থিতান্যগণেয়ানি কবন্ধানি সমন্ততঃ। অদৃশ্যন্ত মহারাজ! তস্মিন্ পরমসঙ্কুলে ॥১২॥
গৃধ্রাঃ কঙ্কা বলাঃ শ্যেনা বায়সা জম্বুকাস্তথা। বহবঃ পিশিতাশাশ্চ তত্রাদৃশ্যন্ত মারিষ! ॥১৩॥
ভক্ষয়ন্তশ্চ মাংসানি পিবন্তশ্চাপি শোণিতম্। বিলুঞ্চন্তঃ স্ম কেশাংশ্চ মজ্জাশ্চ বহুধা নৃপ! ॥১৪॥

---

নুমিৎকী মতৌগুম্বা মশেক্ মঙান্‌গা লোয়ননা দ্রোণ তম্না চেনশিল্লি ॥৩॥ অহুদগীদি মথুত্তা খুৎলায় মথল মথল্ পায়নরবা কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীমক্কী লান্মীশিং অহুনা অকিবা কংনা থেংনবা হৌরক্লে ॥৪॥ মতৌ অসুম্না কন্না শোক্লরক্লবা মতমসিদা, লান্মীশিং অহু মপা মপা থাদোক্লদনা খুৎথেংননা য়ান্নথিন্নবা হৌরক্লে। মতম অসিদা শোইনা কল্লবা দ্রোণাচার্য্যনা ধৃষ্টদ্যুম্ননা অতৎ অথম্ লৈতনা কাপশিল্লকপহুমক্ অঙকপা থোদোক্ অম ওইনা উনখি ॥৫-৬॥ দ্রোণ-ধৃষ্টদ্যুম্ন অনীমক্না মাগী মাগী য়েক্লব কাণ্ডবুগী লান্মীশিং অহুবু, শামু অনীনা থম্বালগী বন অনীবু নৈথাইরকপগুম্ নৈথাইরক্লে ॥৭॥ মীকুপ্ অমগী মনুংদা লালকম্ অহু শীন্থ্‌ংনা, লান্মীশিংগী থাঙ্ তা, লীরুং তেল্ রথ-কীরাল মচেৎ মচেৎনা পূমচাই চাইনা ৶াব হৌরক্লে ॥৮॥ সনা লুপা মুণিমুক্তানা থাম্নবা-হৎলবা ঈরং-ঈরংলংবা কীজোল্ শেৎপা লান্মীশিং অহুনা অমগমগ ক্রককক্রক্ ঈচিন্না তান-তুনরকপদি, নোংথাংনা মরক্ মরক্কা হাইদোরকপা নোং মতুম্ মপৈগী মতৌগুম্না উথি ॥৯॥ লান্মীশিং অহুনা খুহুপ্ মরি মরি শাংবা মাগী মাগী লীরুংশিং অহু হাইগৎনরক্ন্‌না মাগী মাগী য়েক্লব লান্মীশিংবু তুহল্লকলে ॥১০॥ অতগুম্বা লালকম্ অহুদা, মহাত্মা ওইরবা অকন্‌বশিং অহুগী থাঙ্-তা-লীরুং তেল্ চুঙ্গোয়, লাল ফুরিৎ ওক্, খোঙ খুৎশিং অহু মচেৎ মচেৎ থোক্না-পূমচাই চাইনা পাইথোক্‌নরক্‌লে ॥১১॥ মহারাজ! লালকম্ অহুগী মকম্ পূম্বদা কোক্ য়াওদবা হকচাং মক্কনা খুরক্ হাঙ্‌দনা তারি ॥১২॥ ঈকায় খুম্নবগী মশক্ ওইরবা মহারাজ! মতম্ অহুদা, লাওজা, কাক্, লম্‌হুই, খুনুপ্রঙ্ অসিনত্তবা শাহিং চাবা শাউচেক্ কয়া কয়া লালকম্‌দা পাইথরকপা, চেল্‌শিল্লকপা উথি। মখোয় অহুনা, মপৈ মপৈ চঙশিল্লক্ন্‌না, লান্মী, শগোল শামুগী মশা অহু থদৎ চিংথত্ন্‌না, মউন থোক্তোক্ন্‌না, মশম্-মশোং থদত্ন্‌না, অশিবা হকচাংশিং অহুদগী

আকর্ষন্তঃ শরীরাণি শরীরাবয়বাংস্তথা। নরাশ্বগজসংঘানাং শিরাংসি চ ততস্ততঃ ॥১৫॥

( বিশেষকম্ )

কৃতাস্ত্রা রণশিক্ষাভির্দীক্ষিতাঃ শরশালিনঃ। রণে জয়ং প্রার্থয়ন্তো ভৃশং যুযুধিরে তদা ॥১৬॥

অসিমার্গান্ বহুবিধান্ বিচেরুঃ সৈনিকা রণে। ঋষ্টিভিঃ শক্তিভিঃ প্রাসৈঃ শূলতোমরপট্টিশৈঃ ॥১৭॥

গদাভিঃ পরিঘৈশ্চান্যে ব্যায়ুধাশ্চ ভুজৈরপি। অন্যোন্যং জঘ্নিরে ক্রুদ্ধা যুদ্ধরঙ্গগতা নরাঃ ॥১৮॥

( যুগ্মকম্ )

রথিনো রথিভিঃ সার্দ্ধমশ্বারোহাশ্চ সাদিভিঃ। মাতঙ্গা বরমাতঙ্গৈঃ পাদাতাশ্চ পদাতিভিঃ ॥১৯॥

ক্ষীবা ইবান্যে চোন্মত্তা রঙ্গেষ্বিব চ বারণাঃ। উচ্চুক্রুশুরথান্যোন্যং জঘ্নুরন্যোন্যমেব চ ॥২০॥

তেষাং যুদ্ধে বর্তমানে ঘোররূপে বিশাংপতে।। ধৃষ্টদ্যুম্নো হয়ানশ্বৈর্দ্রোণস্য ব্যত্যমিশ্রয়ৎ ॥২১॥

তে হয়াঃ সাধ্বশোভন্ত মিশ্রিতা বাতরংহসঃ। পারাবতসবর্ণাশ্চ রক্তশোণাশ্চ সংযুগে ॥২২॥

পারাবতসবর্ণাস্তে রক্তশোণবিমিশ্রিতাঃ। হয়াঃ শুশুভিরে রাজন্! মেঘা ইব সবিদ্যুতঃ ॥২৩॥

ধৃষ্টদ্যুম্নস্তু সংপ্রেক্ষ্য দ্রোণমভ্যাসমাগতম্। অসিচর্ম্মাদদে বীরো ধনুরুৎসৃজ্য ভারত! ॥২৪॥

---

ঈচূপ্তনা মখোং মখুৎশিং, মমৈ মশাশিং অত্থু চিংথোকপা থদৎপা হৌরকলে ॥১৩-১৫॥ লানদা মরিল্ লৈরবা, হৈশিংলবা, লাম্নীশিং অত্থনা, অত্থুগা মশ মশাদা খুৎলায় শুনা য়াওনরবা ক্ষত্রিয় অকনবশিং অত্থনা জয় তৌ'''-ওম্গনি হায়রবগী আশাদা হন্নবা লৈতনা অমগমগ কম্ন থেংন-রকলে ॥১৬॥ লাম্নীশিং অত্থুগী মনুংদা থাঙ্ হৈবা অকনবশিং অত্থনা, মখুত্তা থাঙশাং পায়রনা হাই-হাইত্থনা লালফমদা কোয়চেল্ চেন্বা হৌরকলে। অশা উবন মমিত্তা ঈ কারবা, মখোনা লৈয়বা লাম্নীশিং অত্থনা ত, শীঙজং পাঙ্তেক্, ছুরী, খুত্রী, সোছুক্, নুংশুক্, নচিংবা মানা মানা তৈনবা খুৎলায় পাযখৎনত্থনা য়ান্ন থিন্নবা হৌরকলে। মশাদা খুৎলায় য়াওনত্রবা লাম্নীশিং অত্থনা, পান্থোম্গা পান্থোম্গ পায়নত্থনা ঈন্নরকলে-ফুনরকলে ॥১৭-১৮॥ রথীনা রথীগ, শগোল তোংবা লাম্নীগা শগোল্ তোংবা লাম্নীগা শাম্ তোংবগা, শামুতোংবগা, খোংমীগা খোঙমীগা, মপা-মপা কন্না থেংনরকলে ॥১৯॥ শান্নবুদৌনা, লাল্ফম্ অত্থুদা, ময়ায়কারবা মচুম্ তারবা শামুশিং অত্থনা অমগমগ হেচ্চিন্নত্থনা লাউন-লাউনা খোংগৎনত্থনা হাত্তোক্নরকলে ॥২০॥ মহারাজ! মতৌ অসুম্না লাল অত্থনা অকিনবগী মশক্ ফংনা চথরক্লবদা, ধৃষ্টদ্যুম্ননা দ্রোণলোমদা থৌজিন্থিত্থনা মহাক্কী শগোলশিং অত্থুগা দ্রোণগী রথ গী শগোলশিং অত্থুগা অমগমগ ক্রেক্ ক্রেক্ ঈচিন্না [illegible]কলে ॥২১॥ মতম অত্থুদা লুংশিৎক্লম্না য়াঙ্লবা, লম্খুনুগী মতৌগুম্না রাউথাংনরব', ধৃষ্টদ্যুম্নগী 'শগোলশিং অত্থুগা, দ্রোণগী ঈগী মতৌগুম্না ঙাঙ্লবা শগোলশিং অত্থুগা অমগমগ মরেং হাইগৎ হাইগৎনত্থনা তক্লরকপা ঈন্নরকপা অত্থুমক্ থোইদোক্না নীঙ্থিজৈ ॥২২॥ মহারাজ! ধৃষ্টদ্যুম্নগী লম্খুনুগী মচু মান্নবা শগোলশিং অত্থুগা, দ্রোণগী ঈগী মচু মান্ন ঙাঙ্লবা শগোলশিং অত্থুগা থেংনরকপা অত্থুমক্ নোংথাংগা লোয়ননা নোং মত্থুম্-মত্থুম্না

চিকীর্ষুর্দ্দুষ্করং কর্ম্ম পার্ষতঃ পরবীরহা । ঈশয়া সমতিক্রম্য দ্রোণস্য রথমাবিশৎ ॥২৫॥
অর্দ্ধচন্দ্রযুগমধ্যে স যুগসন্নহনেষু চ । জঘানার্দ্ধেষু চাশ্বানাং তৎ সৈন্যান্যভ্যপূজয়ন্ ॥২৬॥
খড়্গেন চরতস্তস্য শোণাশ্বানধিতিষ্ঠতঃ । দদর্শ নান্তরং দ্রোণস্তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥২৭॥
যথা শ্যেনস্য পতনং বনেষ্বামিষগৃদ্ধিনঃ । তথৈবাসীদভীসারস্তস্য দ্রোণং জিঘাংসতঃ ॥২৮॥
ততঃ শরশতেনাস্য শতচন্দ্রং সমাক্ষিপৎ । দ্রোণো দ্রুপদপুত্রস্য খড়্গঞ্চ দশভিঃ শরৈঃ ॥২৯॥
অশ্বাংশ্চ হবিতো বাণমপরং জীবিতান্তকম্ । আকর্ণপূর্ণং চিক্ষেপ বজ্রং বজ্রধরো যথা ॥৩০॥
তং চতুর্দ্দশভির্বাণৈর্বাণং চিচ্ছেদ সাত্যকিঃ । গ্রস্তমাচার্য্যমুখ্যেন ধৃষ্টদ্যুম্নং বিমোচয়ন্ ॥৩১॥
সিংহেনেব মৃগং গ্রস্তং নরসিংহেন মারিষ । । দ্রোণেন মোচয়ামাস পাঞ্চাল্যং শিনিপুঙ্গবঃ ॥৩২॥
সাত্যকিং প্রেক্ষ্য গোপ্তারং পাঞ্চাল্যস্য মহাহবে । শরাণাং ত্বরিতো দ্রোণঃ ষড়্‌বিংশত্যা সমার্পয়ৎ ॥৩৩॥
ততো দ্রোণং শিনেঃ পৌত্রো গ্রসন্তমিব সৃঞ্জয়ান্ । প্রত্যবিধ্যচ্ছিতৈর্বাণৈঃ ষড়্‌বিংশত্যা স্তনান্তরে ॥৩৪॥

---

হন্দোক্ হত্তিন্ তোত্থনা লৈবগুম্ নীওথিজে ॥২৩॥ মহারাজ ! অকনবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা দ্রোণসু মনাক্ত লৈবহু উবদা, লীরুং তেল্ থাদোক্তুনা থাঙ্ চুঙ্গোয় পায়খৎখি ॥২৪॥ অত্রদগী কল্লবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা থাঙ চুঙ্গোয় অহু পায়খত্তুনা, দ্রোণবু মহাৎলাগে হায়না খন্দুনা, দ্রোণগী রথ মনুংদা চোং-শিনখ্রে ॥২৫॥ মখোঙ নামনা মাগী রথগী পোম্লদা ; মখোঙ নামনা দ্রোণগী রথগী পোম্লদা নেত্তুনা দ্রোণগী শগোলশিং অহুদা মহাক্কী থাঙশাং অহু হাইথরক্‌ই । পাণ্ডব লাম্মীশিংনা মাগী থৌদোহু উবদা য়াম্ন থাগৎনখি ॥২৬॥ ধৃষ্টদ্যুম্ননা মাগী থাঙশাং অহু দ্রোণগী শগোলশিং অহুদা য়াক্টৈ । দ্রোণনা মতোন্দা য়াম্নবগী- থাননবগী মতম্, অহোবসি করিমত্ত কংখিদে । মাসিমকসু অঙকপা অমা ওইনা থোক্‌খি ॥২৭॥ বনগী মনুংদা শাহীং পাম্বা খুনুপ্রঙনা পাইশিল্লকপগুম্, দ্রোণ হাৎলগে হায়না খল্লবা ধৃষ্টদ্যুম্ন অসি দ্রোণলোমদা আক্রমণ তৌশিল্লকই ॥২৮॥ মতম্ অহুদা, দ্রোণনা থৌরবা তেল চামনা ধৃষ্টদ্যুম্নগী চুঙ্গোয অহুবু. অহুগা তরানা মাগী থাঙশাং অহুবু ককথৎলে ॥২৯॥ মতম্ অহুদা ইন্দ্রনা বজ্র লংশল্লকপগুম্ দ্রোণনা য়াম্না খুংলৈথুনা, লীরীবু নাকোং মরুক্কংনা চিংহুনা থৌরবা তেল অমনা ধৃষ্টদ্যুম্নদা কন্না থারকই ॥৩০॥ মতম্ অহুদা সাত্যকিনা, দ্রোণগী মখুৎ চনখ্রবা ধৃষ্টদ্যুম্নবু নাম্বোক্‌হন্নবগীদমক থৌরবা তেল মরিনা দ্রোণগী তেলহুবু ককথৎখি ॥৩১॥ মহারাজ ! মতৌ অম্মুম্না শিনি শাগৈগী অথোইবা, সাত্যকিনা দ্রোণগী মশক্ ওইরবা নোংশাগী মখয়াত্তা তারুরবা শজীগী মশক্ ওইরবা ধৃষ্টদ্যুম্নবু দ্রোণগী মখুত্তগী নাম্বোক্‌হন্‌খি ॥৩২॥ মতম্ অসিদা লালকম্ অহুদা কল্লবা সাত্যকিনা ধৃষ্টদ্যুম্নবু দ্রোণগী মখুত্তগী কনখিবহু উবদা শাউহুনা দ্রোণনা, য়াম্না থুনা য়াংলবা থৌরবা তেল কুন্তরুক্ শত্তুনা সাত্যকিদা থাখি ॥৩৩॥ অহুদগী দ্রোণনা সৃঞ্জয়শিংবু য়োচ্ছিল্লগে হায়বগী মতাগুম্ কম্না শোক্লরক্‌লে । মতম্ অহুদা সাত্যকিগা থৌরবা

ততঃ সর্ব্বে রথাস্তূর্ণং পাঞ্চালা জয়গৃদ্ধিনঃ । সাত্বতাভিহতে দ্রোণে ধৃষ্টদ্যুম্নমবাক্ষিপন্ ॥৩৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি

জয়দ্রথবধে ধৃষ্টদ্যুম্নমোক্ষণে চতুরশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

তেল কুম্ভরক্না দ্রোণদা থাখি ॥৩৪॥ সাত্যকিগা দ্রোণগা মতৌ অসুম্না শোক্লমকপা মতম্ অদুদা জয় তৌগে হায়না নীওলবা পাঞ্চাল দেশগী লাম্মীশিংনা থ্না রাওনা ধৃষ্টদ্যুম্নবু থৈদোক্খি ॥৩৫॥

মকম্ অসিদা, শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা "ধৃষ্টদ্যুম্নমোক্ষণ"গী মরিফুমরিশুবা অধ্যায় লোয়রে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## পঞ্চাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ।

### মরিফুমঙাশুবা অধ্যায়

( সাত্যকিগী মথৌনা )

——ঃ(০)ঃ——

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ ।

বাণে তস্মিন্ নিকৃত্তে তু ধৃষ্টদ্যুম্নে চ মোক্ষিতে । তেন বৃষ্ণিপ্রবীরেণ যুযুধানেন সঞ্জয় । ॥১॥

অমর্ষিতো মহেষ্বাসঃ সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরঃ । নরব্যাঘ্রে শিনেঃ পৌত্রে দ্রোণঃ কিমকরোত্তদা ॥২॥

(যুগ্মকম্)

সঞ্জয় উবাচ ।

সংপ্রদ্রুতঃ ক্রোধবিষো ব্যাদিতাস্যশরাসনঃ । তীক্ষ্ণধারেষুদশনঃ শিতনারাচদংষ্ট্রবান্ ॥৩॥

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায় ঃ— সঞ্জয় ! বৃষ্ণিবংশগী অথোইবা, বললবা সাত্যকিনা দ্রোণগী তেল অদুবু কক্থৎলগা ধৃষ্টদ্যুম্নবু কন্থরক্লা, থোইদোক্লা, শাউরম্নিগদৌবা, লীক্লং অচৌবা পাম্নবা খুৎলায় পুম্নমক্ হৈরবা দ্রোণনা সাত্যকিবু করি অমুক্ কমদৌখিবগে ? ॥১—২॥ সঞ্জয়না হায় ঃ— মহারাজ ! মতম্ অসিদা নিপা অথোইবা দ্রোণনা শাউমনথিবনা মমীত্তা ঈ কাখিহনা শাকু

সংরম্ভামর্ষতাম্রাক্ষো মহোরগ ইব শ্বসন্ । নরবীরঃ প্রমুদিতৈঃ শোণৈরশ্বৈর্ম্মহাজবৈঃ ।৪।

উৎপতদ্ভিরিবাকাশং ক্রামদ্ভিরিব পর্ব্বতান্ । রুক্মপুঙ্খান্ শরানস্যন্ যুযুধানমুপাদ্রবৎ ॥৫॥
(বিশেষকম্)

শরপাতমহাবর্ষং রথঘোষবলাহকম্ । কার্ম্মুকাকর্ষবিক্ষেপং নারাচবহুবিদ্যুতম্ ॥৬॥

শক্তিখড়্গাশনিধরং ক্রোধবেগসমুত্থিতম্ । দ্রোণমেঘমনাবার্য্যং হয়মারুতচোদিতম্ ॥৭॥

দৃষ্ট্বৈবাভিপতন্তং তং শূরঃ পরপুরঞ্জয়ঃ । উবাচ সূতং শৈনেয়ঃ প্রহসন্ যুদ্ধদুর্ম্মদঃ ॥৮॥
(বিশেষকম্)

এতং বৈ ব্রাহ্মণং ক্রূরং স্বকর্ম্মণ্যনবস্থিতম্ । আশ্রয়ং ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য রাজ্ঞো দুঃখভয়াবহম্ ॥৯॥

শীঘ্রং প্রজবিতৈরশ্বৈঃ প্রত্যুদ্যাহি প্রহৃষ্টবৎ । আচার্য্যং রাজপুত্রাণাং সততং শূরমানিনম্ ॥১০॥
(যুগ্মকম্)

ততো রজতসঙ্কাশা মাধবস্য হয়োত্তমাঃ । দ্রোণস্যাভিমুখাঃ শীঘ্রমগচ্ছন্ বাতরংহসঃ ॥১১॥

ততস্তৌ দ্রোণশৈনেয়ৌ যুযুধাতে পরন্তপৌ । শরৈরনেকসাহস্রৈস্তাড়য়ন্তৌ পরস্পরম্ ॥১২॥

---

কল্লবা, মহুপুরবা লিলগী মতৌগুম্না, সুংশামপী হোন্দুনা সনানা তেম্না তেম্মৈপান্বা থৌরথৌরবা তেল মপৈ মপৈ কাপ্লা-কাপ্লা তুংলোমদা ধৃষ্টদ্যুম্নবু তান্নরকই, মতম্ অসিদা দ্রোণগী অশাউবনা হূগী মশক্তি, অদুগা লীরী কন্না চিংলবা লীরু না হা-হা কাথোক্পা মচীম্নি। থৌরবা মম্নানি। নারাচ কৌবা তেলশিং অদুনা ম্নাথক্তা লৈবা ম্নারীমক্তনি। দ্রোণগী রথগী ভাউলবা শগোলশিং অদুনা চেম্থোকরকপথুদি নোংমদোম্বক্ত পাইখত্তুনা রাংলবা চীঙজাওবু লাল্লগে হায়বগী মত্তানি ॥৩-৫॥

মতম্ অদুদা, চাউরবা নোংগী মতুম্ মতুম্না লৈমাইথক্ত চুথরক্পগুম্ দ্রোণগী থৌরবা তেলগী মপৈ মপৈনা ধৃষ্টদ্যুম্নগী মথক্তা চুথরক্লি। মহাক্কী রথগী চাকাগা লৈমায়গা তক্ননরকপগী মথোন্না নোংঙংবগী মতৌগুম্নি। লীরুংনা লৈনা লৈনা লেঙঙক্পত্নদা সুংশিং ইপোম্ অমমম্না হুম্জিল্লক্পগী মতৌনি। নারাচ কৌবা তেলশিং অদুনা, নোংথাংগী মরী অমমম্গুম্নি। অদুগা দ্রোণগী মশাদা থৌরবা থাঙ-তা থেৎলি-ম্নাল্লি। অশাউবগী মায়থোংনা অদুগা সুংশাশোন্নরনা শাক্তু কল্লবা সুংশিংকী ইপোমগুম্নি। শগোল্না সুংশিংকী মমাঙ থানা চেল্লকলি। অমনা থিংবা ম্নাম্নবগুম্না দ্রোণনা নোংমপাক্ অমনা পাইশিল্লকপগুম্না চেন্শিল্লক্পথু উবদা কল্লবা মখিল্ লৈরবা ম্নেরবগী লৈপাক লৌগন্-ভম্গন্বা সাত্যকিনা নোক্তুনা মাগী সারথিদা হায়রক্ই ॥৬—৮॥

"সারথি! ব্রাহ্মণ আসে য়াম্না তম্থিবনি। ব্রাহ্মণগী মথৌদা পূক্নীং চঙদবনি দুর্য্যোধনগী মশাইগোন্দা লৈরিবনি। মতাক অসিতনা যুধিষ্ঠিরগী কিতম-চিংনকম্ ওইদুনা লৈরিবনি। নিংথৌ মচা পুম্নমক্কী থুংলায়গী ওঝানি, ঐ অকনবনি হায়দুনা য়াম্নম্ন থোরবনি। য়াম্না সুংভাইরে, ঐ মত্তোন্দা চঙশিনগে রথ অসি থুনা য়াঙনা পুশিল্লু" ॥৯—১০॥ অসিগী তুংদা জুপ্নাগী মতৌগুম্না ভোরবা, সুংশিংকী মমাঙথানা চেল্লবা, সাত্যকিগী শগোলশিংনা মহাকপু দ্রোণগী নাক্‌, তান্ন

ইষুজালাবৃতং ব্যোম চক্রতুঃ পুরুষর্ষভৌ। পুরয়ামাসতুর্বীরাবুভৌ দশ দিশঃ শরৈঃ ॥১৩॥
মেঘাবিবাতপাপায়ে ধারাভিরিতরেতরম্। ন স্ম সূর্য্যস্তদা ভাতি ন ববৌ চ সমীরণঃ ॥১৪॥

( যুগ্মকম্ )

ইষুজালাবৃতং ঘোরমন্ধকারং সমন্ততঃ। অনাধৃষ্যমিবান্যেষাং শূরাণামভবত্তদা ॥১৫॥
অন্ধকারীকৃতে লোকে দ্রোণশৈনেয়য়োঃ শরৈঃ। তয়োঃ শীঘ্রাস্ত্রবিদুষোর্দ্রোণসাত্বতয়োস্তদা।
নান্তরং শরবৃষ্টীনাং দদৃশে নরসিংহয়োঃ ॥১৬॥
ইষুণাং সন্নিপাতেন শব্দো ধারাভিঘাতজঃ। শুশ্রুবে শক্রমুক্তানামশনীনামিব স্বনঃ ॥১৭॥
নারাচৈর্ব্যতিবিদ্ধানাং শরাণাং রূপমাবভৌ। আশীবিষ-বিদষ্টানাং সর্পাণামিব ভারত! ॥১৮॥
তয়োর্জ্যাতলনির্ঘোষঃ শুশ্রুবে যুদ্ধশৌণ্ডয়োঃ। অজস্রং শৈলশৃঙ্গাণাং বজ্রেণাহন্যতামিব ॥১৯॥
উভয়োস্তৌ রথৌ রাজন্! তে চাশ্বাস্তৌ চ সারথী। রুক্মপুঙ্খৈঃ শরৈশ্ছন্নাশ্চিত্ররূপা বভুস্তদা ॥২০॥
নির্ম্মলানামজিহ্মানাং নারাচানাং বিশাংপতে!। নির্মুক্তাশীবিষাভানাং সম্পাতোঽভূৎ সুদারুণঃ ॥২১॥
উভয়োঃ পতিতে ছত্রে তথৈব পতিতৌ ধ্বজৌ। উভৌ রুধিরসিক্তাঙ্গাবুভৌ চ বিজয়ৈষিণৌ ॥২২॥
স্রবদ্ভিঃ শোণিতং গাত্রৈঃ প্রস্রুতাবিব বারণৌ। অন্যোন্যমভ্যবিধ্যেতাং জীবিতান্তকরৈঃ শরৈঃ ॥২৩॥

---

পুশিন্খি ॥১১॥ অহুগী তুংদা য়েক্লববু অরাবা পীওম্বা দ্রোণগা সাত্যকিগা অনীসি, তেল লিশিং লিশিং কাপশিন্নহুনা কন্না থেংনবা হৌরক্লে ॥১২॥ ওলাংথানা লোইরকপদা নোংমদোম্বক্তা মুরব, ঈশিংনা মবুক চোল্লবা নোং মতুম্ অনীনা থেংজিন্নবগুম্ অকনবা অনী অসি কন্না থেংনবা হৌরকলে। মখোয় অনীনা কান্নরকপা তেন্তনা অতিয়া অসি পুম্নমক মন্না কুপশিল্লকলে। মতম্ অদুদা নুমিৎকী মঙাল অমত্ত উথিদ্রে, নুংশিৎসু পুম্লেপ লেপখ্রে ॥১৩—১৪॥ তেল মপৈনা কুপশিন্খিহুনা অতিয়া মকোয় অহু পুম্নমক মমৃপ্রবদা অকনবা রথীশিং অহুনা তেল মপৈ অহুবু হাইদোক্লবা ওম্খিদে ॥১৫॥ দ্রোণসাত্যকি অনীনা থকুথা অনীমক অমম্বনা কুপ-শিন্হন্প্রবদা দ্রোণ সাত্যকি অনী অসি অমনা অমগী অহোবা অকোম্বহু উবা ফংনরক্তে ॥১৬॥ থুংলায় অমগমগ নোংমদোম্বক্তা থেংগাইনরকপত্তগী মখোল্লা ইন্দ্রনা লংওকপা বজ্রগী মখোল্গুম্খি ॥১৭॥ মহারাজ! অহুগী তুংদা, নারাচ মপৈ অহুনা মাগী মাগী য়েক্লবগী তেল মপৈ অহুবু ককথৎনপ্রবদা, মহুকল্লবা থৌরবা তেলশিংনা অমগমগ চীক্লরকপা লিজমায়াম্গী মতৌ-গুম্বা তেলশিং মশক ওহাক ওাহাক্তং উবা ফংতি ॥১৮॥ অহুনা থাবদা নীওথায়রবা চীঙজম্শিংগী মখোলগুম্না,, দ্রোণ সাত্যকি অনীগী থুংলায়শিংনা অমগমক্তা চক-থেংনবগী অকিবা কংন্না হৌরবা হৌরবা মখোল অহু তাবা ফংনখি ॥১৯॥ মহারাজ! দ্রোণ সাত্যকি অনীগী শগোল রথ, সারথিশিং অহু মখোয় অনীগী তেম্না কুপশিল্লকলা মখোয় অনীমক অকিবগী মশক ওইরদা মওং পুনখি ॥২০॥ মহারাজ! অনী অসিগী থৌরথৌরবা, শান্নবা তেলশিং অহু মকু হয়োক হয়োক্তনা পাইশিন্নরকপা লিল অমমমগী মতৌগুম্ উখি ॥২১॥ দ্রোণসাত্যকি অনীমকী কিয়ালশিং অহু

গর্জ্জিতোৎক্রুষ্টসন্নাদাঃ শঙ্খদুন্দুভিনিস্বনাঃ। উপারমন্মহারাজ। ব্যাজহার ন কশ্চন ॥২৪॥
তুষ্ণীভূতান্যনীকানি যোধা যুদ্ধান্যুপারমন্। দদৃশুর্দ্বৈরথং তাভ্যাং জাতকৌতূহলা জনাঃ ॥২৫॥
রথিনো হস্তিযন্তারো হয়ারোহাঃ পদাতিনঃ। অবৈক্ষন্তাচলৈর্নেত্রৈঃ পরিবার্য্য রথর্ষভৌ ॥২৬॥
হস্ত্যনীকান্যতিষ্ঠন্ত তথানীকানি বাজিনাম্। তথৈব রথবাহিন্যঃ প্রতিব্যূহ্য ব্যবস্থিতাঃ ॥২৭॥
মুক্তাবিদ্রুমচিত্রৈশ্চ মণিকাঞ্চনভূষিতৈঃ। ধ্বজৈরাভরণৈশ্চিত্রৈঃ কবচৈশ্চ হিরণ্ময়ৈঃ ॥২৮॥
বৈজয়ন্তীপতাকাভিঃ পরিস্তোমাঙ্গকম্বলৈঃ। বিমলৈর্নিশিতৈঃ শস্ত্রৈর্হয়ানাঞ্চ প্রকীর্ণকৈঃ ॥২৯॥
জাতরূপময়াভিশ্চ রাজতীভিশ্চ মূর্দ্ধসু। গজানাং কুম্ভমালাভির্দন্তবেষ্টৈশ্চ ভারত। ॥৩০॥
সবলাকাঃ সখদ্যোতাঃ সৈরাবতশতহ্রদাঃ। অদৃশ্যন্তোষ্ণপর্য্যায়ে মেঘানামিব বাগুরাঃ ॥৩১॥
(কলাপকম্)
অপশ্যন্নস্মদীয়াশ্চ তে চ যৌধিষ্ঠিরাঃ স্থিতাঃ। তদ্‌যুদ্ধং যুযুধানস্য দ্রোণস্য চ মহাত্মনঃ ॥৩২॥

---

তেকথওবদা, অদুগা অমগমগ কন্না কাপন্নরকলবদা মখোয়নীগী মশা অদু ঈহং নাইহং শাথ্রে। অমনা অমবু ঙমগে হায়না তান্নরকলে ॥২২॥ কল্লবা শামু অনীগী মশাদগী মচুম্ তৃত্তনা তারকপদুগুম্, মখোয়নীগী মশাদগী ঈগী ধারা শিন্থনরকলে। অদুম্ ওইনমক থরাই থাবা য়ারবা তেল মপৈ মপৈবু অমনা অমদা কাপ্পরকলে ॥২৩॥ মহারাজ। মতম্ অদুদা লাম্মীশিং অমগমগ লাউনরকপগী মখোয়া, খুৎলায়গী মখোয়া, পুংশেলযন্ত্রশিংগী মখোয়া কনা অমতনা ঙাঙশকপককা অমত তানখিদ্রে ॥২৪॥ পক্ষ অনীমক্কী লাম্মীশিং অ:দা, লালশোক্লবা লেপ্তুনা তুমিন্ন তুমিন লৈনথ্রে। য়াম্না থরাক্ট য়াওনা, মমীৎকুপ্তুনা অনীমক্কী লাল অদু য়েংদুনা লৈনখি ॥২৫॥ মাগী মাগী মীচঙগী শগোল তোংবা, শামু তোংবা রথতোংবা অদুগা খোঙমীশিং অদুনা মাগী মাগী লুচিংবা অনীদুবুসু য়োমশিন্দুনা ঙাকশেন্দুনা লৈনখি ॥২৬॥ শগোল শামু তোংবা, রথ তোংবা লাম্মীশিং অদুগা খোঙমীশিংনা মমীৎ কুপ্লদনা অকন্‌বা অনীগী লাল্ অদু য়েংদুন' লৈনখি ॥২৭॥ শগোল শামুতোংবা রথতোংবা লাম্মীশিং কাওবা বেহু শাশাদুনা লৈনথ্রে ॥২৮॥ ভরতনন্দন নিংথৌ। মণিমুক্তা পোহালনচিংবা রত্ন মথল মথন্না থামলবা কীজোল, কিয়াল সনাগী লাল্ কুম্বিৎ, অচৌবা মচা, শগোল শামুশিংগী মশাদা লৈতেং ওইনা কুপ্লবা মক্তু্বা কিয়োল, থৌয় থৌয়বা খুৎলায়গী পয়েং পয়েং, অঙৌবা কাঙহাক্ট চামর, শামুগী মঙকশমদা, মকোক্তা শিবা মুক্তাগী পয়েং, শগোল শামুগী মচীন্ মমায়দা ঈরং লাংলবা ময়াম অসিনা মমলবা লাল্‌কম্ অদু, ঙৌরবা উয়োক পয়েং পয়েংনা তন্দল মপৈ মপৈনা, চুমথাংখানবগী মচুনা, নোংথাংগী ময়ী মযীনা তঙ্গপ তঙ্গেংনা নীঙংখিজবা, বর্ষাগী' নোং পয়ে পয়েংগী মতৌগুমখি ॥২৯-৩১॥ এখোয়গী কৌরবপাক্কী অদুগা যুধিষ্ঠিরগী লাম্মীশিং অদুনা কুম্মৈগুম্না অনীমক্কী লাল্ অদুবু চপ্ চপ্

বিমানাগ্রগতা দেবা ব্রহ্মসোমপুরোগমাঃ। সিদ্ধচারণসংঘাশ্চ বিদ্যাধরমহোরগাঃ ॥৩৩॥
গতপ্রত্যাগতাক্ষেপৈশ্চিত্রৈঃ শস্ত্রবিঘাতিভিঃ। বিবিধৈর্বিস্ময়ং জগ্মুস্তয়োঃ পুরুষসিংহয়োঃ ॥৩৪॥
( যুগ্মকম্ )

হস্তলাঘবমস্ত্রেষু দর্শয়ন্তৌ মহাবলৌ। অন্যোন্যমভ্যবিধ্যেতাং শরৈস্তৌ দ্রোণসাত্যকী ॥৩৫॥
ততো দ্রোণস্য দাশার্হঃ শরাংশ্চিচ্ছেদ সংযুগে। পত্রিভিঃ সুদৃঢ়ৈরাশু ধনুশ্চৈব মহাদ্যুতেঃ ॥৩৬॥
নিমেষান্তরমাত্রেণ ভারদ্বাজোঽপরং ধনুঃ। সজ্যং চকার তদপি চিচ্ছেদাস্য স সাত্যকিঃ ॥৩৭॥
ততস্ত্বরন্ পুনর্দ্রোণো ধনুর্হস্তো ব্যতিষ্ঠত। সজ্যং সজ্যং ধনুশ্চাস্য চিচ্ছেদ নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥৩৮॥
ততোঽস্য সংযুগে দ্রোণো দৃষ্ট্বা কর্মাতিমানুষম্। যুযুধানস্য রাজেন্দ্র! মনসৈতদচিন্তয়ৎ ॥৩৯॥
এতদস্ত্রবলং রামে কার্ত্তবীর্য্যে ধনঞ্জয়ে। ভীষ্মে বা পুরুষব্যাঘ্রে যদিদং সাত্বতাং বরে।
তঞ্চাস্য মনসা দ্রোণঃ পূজয়ামাস বিক্রমম্ ॥৪০॥
লাঘবং বাসবস্যেব সংপ্রেক্ষ্য দ্বিজসত্তমঃ। তুতোষাস্ত্রবিদাং শ্রেষ্ঠস্তথা দেবাঃ সবাসবাঃ ॥৪১॥
ন তামালক্ষয়ামাসুর্লঘুতাং চিত্রযোধিনঃ। দেবাশ্চ যুযুধানস্য গন্ধর্বাশ্চ বিশাংপতে। ।

---

লেপ্তনা য়েংনখি ॥৩২॥ অদুগা নোমদোঙ্কক ব্রহ্মা-চন্দ্রমানচিংবা থানা মাগী মাগী বিমানদা তোংদুনা সিদ্ধ চারণ গন্ধর্ব্ব, বিদ্যাধর, অদুগা অচৌ অচৌবা লিলশিংনা, অনী অদুগী অমগমগ হন্দোক্লবা, চঙশিন্নবা, কোইনা থেক্না চেৎন-লৈনরকপা, খুৎলায় থানরকপা কক্থৎনরকপা অসি পূম্বা উবদা খোইনা ঙকখি ॥৩৩-৩৪॥ সাত্যকি-দ্রোণ অনী অসি মাগী মাগী খুৎলৈ থুবা, হৈশিংবদু অমমমদা উৎনদুনা কন্না থেংনবা হোৎনরকলে ॥৩৫॥ অদুগী তুংদা ওহাক লৈরগা সাত্যকিনা ওম্বোক্না থৌরবা তেল অমনা দ্রোণগী লীক্লংগা তেলগা অনী অমুক্তদা ককথত্তনা থাদখি ॥৩৬॥ মীকুপ অমগী মপুংদা দ্রোণনা অতোপ্পা লীক্লং অমমুক লৌখৎলি। সাত্যকিনা মাহুমস্থু কক্থৎখি ॥৩৭॥ অদুগী তুংদা অপাউবগা লোয়ননা দ্রোণনা লীক্লং অমমুক পায়থত্তনা ফুক হেক্ হৌগৎলি। মাহুমস্থু খুৎলৈ থুনা কাপশিন্নক্তুনা থৌরবা তেল অমনা মাহুবুস্থু সাত্যকিনা ককথৎলে। মতৌ অসুম্না দ্রোণনা হেক হেক পায়থৎলকপা লীক্লং মথে সাত্যকিনা ককথৎজে ॥৩৮॥ মহারাজ! অদুদগীদি, সাত্যকিগী অদুঙ্কবা লান্দা মায়া হৈশিংবদু উবদা দ্রোণ অসি মুন্না বিচার তৌরকলে ॥৩৯॥ অসুন্না খল্লকই "সাত্বতবংশগী সাত্যকি কৌবা নিপাসিনা ওসি উৎলিবা বিদ্যাসি, অদুগা মহাকী মপাঙ্গল অসি পরশুরামদা অমা লৈখি, কার্ত্তবীর্য্যার্জ্জুনদা অমা অদুগা নিপা অখোইবা ভীষ্মদা অমা [illegible] অসুম্ হায়না দ্রোণনা সাত্যকিবু মপুক্লিংদা হন্না হন্না থাগৎখি ॥৪০॥

মতম অদুদা ব্রাহ্মণ অখোইবা, খুৎলায় হৈবগী মনুষ্যদু অখোইবা, দ্রোণাচার্য্য অসি ইন্দ্রগী মতৌগুম্না খুৎলৈ থুরবা সাত্যকিগী মখুৎথুবা-মাংবদু উবদা খোইনা পেনম্লে। নোংমদোল্কী অ্যাইয়ামকাওবা

সিদ্ধচারণসংঘাশ্চ বিদুর্দ্রোণস্য কর্ম্ম তৎ ॥৪২॥

ততোঽন্যদ্ধনুরাদায় দ্রোণঃ ক্ষত্রিয়মর্দ্দনঃ। অস্ত্রৈরস্ত্রবিদাং শ্রেষ্ঠো যোধয়ামাস ভারত। ॥৪৩॥
তস্যাস্ত্রাণ্যস্ত্রমায়াভিঃ প্রতিহত্য স সাত্যকিঃ। জঘান নিশিতৈর্বাণৈস্তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৪৪॥
তস্যাতিমানুষং কর্ম্ম দৃষ্ট্বান্যৈরসমং রণে। যুক্তং যোগেন যোগজ্ঞাস্তাবকাঃ সমপূজয়ন্ ॥৪৫॥
যদস্ত্রমস্যতি দ্রোণস্তদেবাস্যতি সাত্যকিঃ। তমাচার্য্যোঽপ্যসংভ্রান্তোঽযোধয়চ্ছত্রুতাপনঃ ॥৪৬॥
ততঃ ক্রুদ্ধো মহারাজ। ধনুর্বেদস্য পারগঃ। বধায় যুযুধানস্য দিব্যমস্ত্রমুদৈরয়ৎ ॥৪৭॥
তদাগ্নেয়ং মহাঘোরং রিপুঘ্নমুপলক্ষ্য সঃ। দিব্যমস্ত্রং মহেষ্বাসো বারুণং সমুদৈরয়ৎ ॥৪৮॥
হাহাকারো মহানাসীদ্দৃষ্ট্বা দিব্যাস্ত্রধারিণৌ। ন বিচেরুস্তদাকাশে ভূতান্যাকাশগান্যপি ॥৪৯॥
অস্ত্রে তে বারুণাগ্নেয়ে তাভ্যাং বাণাসনাহিতে। ন তাবদভ্যপদ্যেতাং ব্যাবর্ত্তদথ ভাস্করঃ ॥৫০॥

---

সাত্যাকিগী বিদ্যাদু উবদা থোইদোক্ল পেল্লখি ॥৪১॥ মহারাজ। লাইয়াম্না, যক্ষরক্ষগন্ধর্ব্ব কিন্নরশিংনা —"অঙকপক্ষংনা লাল্ শোক্লবাহৈবা দ্রোণ-সাত্যকি নত্তনা কনাগুম্বা অমত্তনা অস্থকরাম্ন হৈনা কন্না শোক্লবদি ঐখোয় থক্ উখিদ্রে। মাসিদি দ্রোণসাত্যকি অনীতনা ওয়নি"—অস্থুম্না থম্নখি ॥৪২॥ ভরতনন্দন মহারাজ! অদুগী তুংদা খুংলায় হৈবগী অথোইবা, ক্ষত্রিয়গুম্বা দ্রোণনা অতোপ্পা লীরুং অম পায়খত্তুনা সাত্যকিদা মনম্ মনম্ কাপশিল্লক্লে ॥৪৩॥ মতম্ অদুদম্থ, সাত্যকিনা মশাগী হৈশিংবা অমদি অস্ত্রবিদ্যাদুমক্তনা, দ্রোণনা অদুক য়াম্না কাপলিবা খুংলায় ময়াম অদু থিংলগা, দ্রোণগী মশাদম্থ কম্না কম্না থাবা হৌরক্লে। মাদুস্থ অঙকপা থৌদোক অম ওইনা থোকখি ॥৪৪॥ মহারাজ। কৌরবপক্ষগী ঐখোয়গী অকনবা লাম্নীশিংমক্সু সাত্যকিগী অদুগুম্বা বিদ্যা, অমদি মর্ত্ত্যলোকী মী অমনা পাক ওক্ষত্রবা থবক অদু উবদা মহাকপু হম্না হম্না থাগৎনখি ॥৪৫॥ দ্রোণাচার্য্যনা হেক হেক শীজিন্নরকপা খুংলায় অমদি তেল অদু-অদুগা চপ চপ মান্নবা খুংলায় অদু সাত্যকিনস্থ হেক হেক পুথোক্তুনা শীজিন্নরকই। অদুদগীদি য়েক্লওম্বা, খুংলায়পূম্বগী আচার্য্য ওইবা দ্রোণ য়াম্না কূপ্না-চ্যেকশিন্না সাত্যকিগা থেংনবা শোক্লবা হৌরক্লে ॥৪৬॥ মহারাজ। অদুগী তুংদা ধনুর্ব্বেদ লোইনা হৈরখওলবা দ্রোণনা থোইদোক্লা শাউখিদুনা সাত্যকিবু মহাৎলগে হায়না খল্লহনা মীরমলেন্দা কংদবা অঙকপা খুংলায় অম থারগে হায়না শেমশারে ॥৪৭॥ অকিবগী মশক কংলবা, য়েক্লববু খুদক্তা হাৎওম্বা, দ্রোণগী আগ্নেয়াস্ত্র [মৈগী তেল] অদু উবদা সাত্যকিস্থ মীরমলেন্দা কংদবা বরুনাস্ত্র [ঈশিংগী তেল] অদু কাপকে হায়না শেমশারক্লে ॥৪৮॥ মতম অদুদা, দ্রোণসাত্যকি অনীনা লাইগী ওইবা, অঙকপা কংলবা তমখিরবা খুংলায় অনীদু শীজিন্নরকদবদু উবদা কৌরবপাণ্ডবপক্ষ অনীমক্কী মীপুম্নমক্কা হাহাকার লাউনখি। নোংমদোক্তক্কা লৈবক্কীবশিংস্থ কোয়চেল্ চেন্নরকলে ॥৪৯॥ দ্রোণ সাত্যকি অনীনা মাগী মাগী খুংলায় অদু কাপথোরকইদি হায়ববু অমনা অমবু করুখিবনা, মাদুনা থোইদোকপা মহৈ অমত্ত উবা ফংনখিদে। অস্থুম্ তৌনা তৌনা সুমিৎ অসি নোংচুপ চীওয়াদা

ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা ভীমসেনশ্চ পাণ্ডবঃ । নকুলঃ সহদেবশ্চ পর্য্যরক্ষন্ত সাত্যকিম্ ॥৫১॥
ধৃষ্টদ্যুম্নমুখৈঃ সার্দ্ধং বিরাটশ্চ সকেকয়ঃ । মৎস্যাঃ শাল্বেয়সেনাশ্চ দ্রোণমাজগ্মুরঞ্জসা ॥৫২॥
দুঃশাসনং পুরস্কৃত্য রাজপুত্রাঃ সহস্রশঃ । দ্রোণমভ্যুপপন্নাস্তু সপত্নৈঃ পরিবারিতম্ ॥৫৩॥
ততো যুদ্ধমভূদ্রাজন্ । তেষাং তব চ ধন্বিনাম্ । রজসা সংবৃতে লোকে শরজালৈঃ সমাবৃতে ॥৫৪॥
সর্বমাবিগ্নমভবন্ন প্রাজ্ঞায়ত কিঞ্চন । সৈন্যে চ রজসা ধ্বস্তে নির্ম্মর্য্যাদমবর্ত্তত ॥৫৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে সাত্যকিপরাক্রমে পঞ্চাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

হায়থরক্লে ॥৫০॥ অসিগীতুংদা, পাণ্ডুগী মচা যুধিষ্ঠির, ভীম নকুল সহদেব মখোয় মরি অসিনা মায়কৈ মরিদগী চণ্ডশিল্লক্তুনা সাত্যকিবু শেন্নরৈ ॥৫১॥ তাঙ্গ্লা অসিদা, নিংথৌ বিরাট, কেকয়শিং মৎস্য অমদি শাল্বদেশগী অকনবা লান্মীশিংনা ধৃষ্টদ্যুম্ননচিংবগা লোয়নননা, দ্রোণবু আক্রমন তৌগে হায়বগী দমক্ চণ্ডশিল্লকই ॥৫২॥ অমরোমদা অকনবা নিংথৌমচা লিশিংলিশিংনা দুঃশাসনবু মাঙ্ থাহন্না, য়েক্লবশিংনা ঈকোয় কোয়শিনথবা দ্রোণবু কনগে হায়বগী দমক্ মকম্ অহুদা থুংওয়ে ॥৫৩॥ নিংথৌ! মতমঅহুদা পক্কঅনীমকী লান্মীশিং অহ উফুল অমদি তেলগী মপৈনা কুপশিনখ্রে। অহুগীতুংদা অকিবা কংনা তেঙ্গোল অনীমক্ হোচিন্নহুনা থেংনখি ॥৫৪॥ মী পূম্নমক্ল মিপাইনখি। মী পূম্নমককী থম্মোয়দা অঙকপা অকিবা পোকখি। অমগমগ মীশক মিশা খঙনখিদ্রে। কদোম্না জয়, কদোম্না পরাজয়—অমতা লেপ্পবা ঙমখিদ্রে। লালগী নিয়ম কায়বা কায়দবা য়েংনদনা অমগমগ খুৎথেংনননা পাঙয়াম্ত য়ান্নখ্রে ॥৫৫॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা জয়দ্রথবধগী মনুংদা "সাত্যকিপরাক্রম"গী মরিফুমঙাগুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## ষড়শীতিতমোঽধ্যায়ঃ

### মারিফুতরুকৃশুবা অধ্যায়ঃ

( অর্জ্জুননা লালকম্দা পুক্রী তৌবা )

সঞ্জয় উবাচ ।

বিবর্ত্তমানে ত্বাদিত্যে তত্রাস্তশিখরং প্রতি । রজসা কীর্য্যমাণে চ মন্দীভূতে দিবাকরে ॥১॥
তিষ্ঠতাং যুধ্যমানানাং পুনরাবর্ত্ততামপি । ভজ্যতাং জয়তাঞ্চৈব জগাম তদহঃ শনৈঃ ॥২॥
( যুগ্মকম্ )

তথা তেষু বিষক্তেষু সৈন্যেষু জয়গৃদ্ধিষু । অর্জ্জুনো বাসুদেবশ্চ সৈন্ধবায়ৈব জগ্মতুঃ ॥৩॥
রথমার্গপ্রমাণন্তু কৌন্তেয়ো নিশিতৈঃ শরৈঃ । চকার তত্র পন্থানং যযৌ যেন জনার্দ্দনঃ ॥৪॥
যত্র যত্র রথো যাতি পাণ্ডবস্য মহাত্মনঃ । তত্র তত্রৈব দীর্য্যন্তে সেনাস্তব বিশাংপতে ।॥৫॥
রথশিক্ষান্তু দাশার্হো দর্শয়ামাস বীর্য্যবান্ । উত্তমাধমমধ্যানি মণ্ডলানি বিদর্শয়ন্ ॥৬॥
তে তু নামাঙ্কিতাঃ পীতাঃ কালজ্বলনসন্নিভাঃ । স্নায়ুনদ্ধাঃ সুপর্বাণঃ পৃথবো দীর্ঘগামিনঃ ॥৭॥

---

সঞ্জয়না হায় ঃ-- সুমিৎনা অষ্টাচললোমদা অসুম্ চায়থরক্লবদা, উফুল মপৈমপৈনা লান্মী পূম্নমকপু কূপগ্রবদা, সুমিৎকী মঙাম্না অসুম হাইথরক্লবদা, পক্ষঅনীমকা লান্মীশিং অহু চপ চপ লেপ্তুনা লৈখি । থরনা শোক্লহুনা লৈরি, থরনা হন্দোক্লরক্লি । থরনা পরাজয় কংলি থরনা জয় তৌনরি । অসুম তৌনা তৌনা সুমিৎ য়াম্না চায়থরক্লে ॥১—২॥ অসুম্না, সুমিৎ তারমদাই য়োরক্লবা মতমসিদা লান্মী পূম্নমক্লা কম্না থেংনরক্লবা মতম অসিদা অর্জ্জুনগা কৃষ্ণনগা অনীমক জয়দ্রথতম্না চঙশিনখি ॥৩॥ অর্জ্জুননা মাগী থৌরবা তেলশিং অহু কাপলকপা মতমদা, তেলশিং অহুনা তাক্ল তাক্লবা মকম অহু অহুদা, খুদক খুদক্লা কৃষ্ণনা রথ অহু থৌজিন্দুনা হেক হেক য়ৌখি ॥৪॥ মহারাজ ! অর্জ্জুনগী রথনা য়োক্ল য়োক্লবা মফমদা কৌরবলান্মীশিং অহু শমজি কাং-কাংহুনা চেন্নখি ॥৫॥ সারথি কৃষ্ণনা রথঅহুবু খ্বাইদগী হেনবা, ময়ায়ওইবা, খ্বাইদগী হুন্নবা মওংগী রথ মথৌদা থৌহুনা, মপা লৈত্তনা রথ পৌবগী বিদ্যা অহু উৎ উৎত্তুনা থৌজিনখি ॥৬॥ তেল অমমম্দা মাগী মমিং য়াওরবা ঈচুম্নহৈবা, অমময়া প্রলয়গী মৈগী মতৌগুম্না মথোক্লা শউন্থৌরি মচানা কম্না-কম্না থাওজিন তাহুনা য়েৎলবা, তেঙ্গ্রেনা তাংথক নাইদ্রবা, লাপ্প লাপ্প পাইথোকপা ঙমবা, মোরথোরবা য়োং মথল্ মথল্লা শারবা অহুগুম্বা তেল মপৈমপৈনা, পাইশিনখিহুনা, ঈথকপা শাহিংচাবা শা-উচেকশিংগা

বৈণবাশ্চারসাশ্চোগ্রা প্রসক্তো বিনিঘ্নতীন্। রুধিরং পতগৈঃ সার্দ্ধং প্রাণিনাং পপুরাহবে ॥৮॥

( যুগ্মকম্ )

রথস্থিতোঽগ্রতঃ দ্রোণং যানস্তত্যর্জ্জুনঃ শরান্। রথে দ্রোণমতিক্রান্তে তস্য তে বৃষ্টি শাত্রবান্ ॥৯॥

তার্ক্ষ্যমারুতরংহোভির্বাজিভিঃ সাধুবাহিভিঃ। তদাগচ্ছদ্ধৃষীকেশঃ কৃৎস্নং বিস্মাপয়ন্ জগৎ ॥১০॥

ন তথা গচ্ছতি রথস্তপনস্য বিশাংপতে। মেন্দ্রস্য ন চ রুদ্রস্য নাপি বৈশ্রবণস্য চ ॥১১॥

নান্যস্য সমরে রাজন্। গতপূর্ব্বস্তথা রথঃ। যথা যযাবর্জ্জুনস্য মনোঽভিপ্রায়শীঘ্রগঃ ॥১২॥

প্রবিশ্য তু রণে রাজন্। কেশবঃ পরবীরহা। সেনামধ্যে হয়াংস্তূর্ণং চোদয়ামাস ভারত। ॥১৩॥

ততস্তস্য রথৌঘস্য মধ্যং প্রাপ্য হয়োত্তমাঃ। কৃচ্ছ্রেণ রথমূহুস্তং ক্ষুৎপিপাসাশ্রমান্বিতাঃ ॥১৪॥

ক্ষতাশ্চ বহুভিঃ শস্ত্রৈর্যুদ্ধশৌণ্ডৈরনেকশঃ। মণ্ডলানি বিচিত্রাণি বিচেরুস্তে মুহুর্মুহুঃ ॥১৫॥

হতানাং বাজিনাগানাং রথানাঞ্চ নরৈঃ সহ। উপরিষ্টাদতিক্রান্তাঃ শৈলাভানাং সহস্রশঃ ॥১৬॥

এতস্মিন্নন্তরে বীরাবাবন্ত্যৌ ভ্রাতরৌ নৃপ। সহসেনৌ সমাচ্ছের্তাং পাণ্ডবং ক্লান্তবাহনম্ ॥১৭॥

তাবর্জ্জুনং চতুঃষষ্ট্যা সপ্তত্যা চ জনার্দ্দনম্। শরাণাঞ্চ শতৈরশ্বানবিধ্যেতাং মুদা যুতৌ ॥১৮॥

---

লোয়ননা ঈ থকমিন্নখি ॥৭—৮॥ অর্জ্জুননা য়েক্লবশিংদগী য়ুথক্ অম লাপলিঙৈদগী তেল্ কাপ্পি। তেলশিং অদুনা য়ুথক অম লাপ্প লৈবা য়েক্লবশিং অদুদা পাইশিন পাইশিন্দুনা থাখি ॥৯॥ কৃষ্ণনসু গরুড় অমদি নুংশিৎকী মমাঙ থানা চেন্‌বা ওন্নবা, রথবু কজনা হৈনা পুবা ওন্নবা শগোলশিং অদু অউবগী মমিত্তা অকিবা অণ্ডকপা পোকহন্-উহন্দুনা খৌজিন্নকই ॥১০॥ মহারাজ! মমাঙৈদা কনাণ্ডম্বা অমতগী রথনা অদুক কপ্পা চেনখিদ্রে। অদুগুম্বা য়াঙলবা অর্জ্জুনগী রথ অদুনা মুমিৎকী মমাঙ থানা চেনখি ॥১২॥ মহারাজ! য়েক্লবগুম্বা অকনবা কৃষ্ণনা লালকম্ ময়ায়দা রথ অদুবু খৌজিনখিদুনা থুনায়াঙনা চঙখি ॥১৩॥ অদুগীতুংদা অরাম খোয়াংবনা, মতম কুইনা লালদ য়াওরক-পনা শগোলশিং অদুনা লালকম্ ময়ায়দা রথ অদুবু থম মপাঙ্গল্ হন্থনা চিংবা হৌরক্লে ॥১৪॥ য়েক্লবা লান্মীশিংনা থুংলায় মখল মখল্পা থাখিবনা, শগোলশিং অদুগী মশা অদু ঈহংনাইহং শাহনা লোইশ্রবনি। অদুম ওইনমক্, শগোলশিং অদুনা রথবু য়াম্না চোকশিন্না হৈশিংনা চিংলকলি ॥১৫॥ লালকমদা তুহনা শিদুনা লৈরিবা চীঙ চাঙমুক চাউরবা শামুশিংগী মথক্তা অদুগা রথ খোঙমী শগোলশিংগী মথক্তা অজ্জুনগী রথগী শগোলশিং অদুনা নেৎ নেৎওনা কান—কান্দুনা, চোং চোংদুনা লালকম্ ময়ায়দা পাইশিনখি ॥১৬॥ মহারাজ! মতম্ অসিদা, অবন্তিদেশগী বিন্দ মচীম মনাও অহানা চণ্ডশিন্নজনা, অজ্জুনগী হায় নশা চোকখদুনা লৈরবা শগোলশিং অদুদা কপ্পা কপ্পা থাজিন্নকলে ॥১৭॥ মথোয় অনীনা য়াম্না হয়াউনা মপুক্রাং থৌসংপগা লোয়ননা খৌরবা তেল

তাবর্জ্জুনো মহারাজ! নবভির্নতপর্ব্বভিঃ। আজঘান রণে ক্রুদ্ধো মর্ম্মজ্ঞো মর্ম্মভেদিভিঃ ॥১৯॥
ততস্তৌ তু শরৌঘেণ বীভৎসুং সহকেশবম্। আচ্ছাদয়েতাং সংরব্ধৌ সিংহনাদঞ্চ চক্রতুঃ ॥২০॥
তয়োস্তু ধনুষী চিচ্ছে ভল্লাভ্যাং শ্বেতবাহনঃ। চিচ্ছেদ সমরে তূর্ণং ধ্বজৌ চ কনকোজ্জ্বলৌ ॥২১॥
অথান্যে ধনুষী রাজন্! প্রগৃহ্য সমরে তদা। পাণ্ডবং ভৃশসংক্রুদ্ধাবর্দ্দয়ামাসতুঃ শরৈঃ ॥২২॥
তয়োস্তু ভৃশসংক্রুদ্ধঃ শরাভ্যাং পাণ্ডুনন্দনঃ। ধনুষী চিচ্ছিদে তূর্ণং ভূয় এব ধনঞ্জয়ঃ ॥২৩॥
অথাঽন্যৈর্বিশিখৈস্তূর্ণং রুক্মপুঙ্খৈঃ শিলাশিতৈঃ। জঘানাশ্বাংস্তথা সূতৌ পার্ষ্ণী চ সপদানুগৌ ॥২৪॥
জ্যেষ্ঠস্য চ শিরঃ কায়াৎ ক্ষুরপ্রেণ ন্যকৃন্তত। স পপাত হতঃ পৃথ্ব্যাং বাতরুগ্ণ ইব দ্রুমঃ ॥২৫॥
বিন্দং তু নিহতং দৃষ্ট্বা অনুবিন্দঃ প্রতাপবান্। হতাশ্বং রথমুৎসৃজ্য গদাং গৃহ্য মহাবলঃ ॥২৬॥
অভ্যদ্রবত সংগ্রামে ভ্রাতুর্ব্বধমনুস্মরন্। গদয়া রথিনাং শ্রেষ্ঠো নৃত্যন্নিব মহারথঃ ॥২৭॥
(যুগ্মকম্)
অনুবিন্দস্তু গদয়া ললাটে মধুসূদনম্। স্পৃষ্ট্বা নাকম্পয়ৎ ক্রুদ্ধো মৈনাকমিব পর্ব্বতম্ ॥২৮॥

---

ছুক্ন্না অর্জ্জুনদা ছুক্ন্তরানা কৃষ্ণদা অহুগা অতোপ্পা তেল চাম অমনা অর্জ্জুনগী শগোল্দা কন্না থাখি ॥১৮॥ মহারাজ! লালগী নিয়ম পূম্বা লোইনা খঙলহৈরবা, অর্জ্জুননা থোইদোক্না শাউখিহুনা, থম্মোয কাযবা য়ারবা থৌরবা তেল মাপন্না মখোয় অনীবু কন্না থাখি ॥১৯॥ অহুদগী মখোয় অনীহুম্ম য়াম্না শাউখিহুনা, তেল মপৈ মপৈ কাপশিল্লক্লনা কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনী-মকপু তেস্তনা পূম্নমক য়োম্‌হন্‌খি, অহুদগী সিংহনাদ লায়কই ॥২০॥ অহুদগী অর্জ্জুননা, তামচীন শাবা থৌরবা তেল অনীনা মখোয় অনীমকী লীরুং অহু ককথৎলগা, সনানা লৈতেংলবা মখোয়গী কিয়াল অহু ককথত্তুনা লৈমায়থক্তা তাহনখি ॥২১॥ অহুদগীদি মহারাজ! বিন্দ-অনুবিন্দ কোবা অনী অসিনা য়াম্না শাউখিহুনা অতোপ্পা লীরুং অনী অম অমুক্ লৌখৎখি, অহুদগীদি অর্জ্জুনদা অতেৎ অথম্ লৈতনা মনম্-মনম্ কাপশিল্লকলে ॥২২॥ ওহাক্ লৈরগা, পাণ্ডুনন্দন অর্জ্জুনসু থোইদোক্না শাউখিহুনা তেল অনীনা মখোয় অনীগী লীকং অহু ককথৎখি ॥২৩॥ অহুগী তুংদা অর্জ্জুননা সনানা তেন্না তেম্মৈ পানবা, য়োংথৌনা মথো শঙলবা, তেল মপৈ অমা কাপশিল্লক্লনা মখোয়গী শগোলশিং, সারথি অনী, অহুগা খোঙলোয়গা লোয়নবা তুংগী ঙাকশেনবা লাম্মী অনী অচবু অমুক্তদা মথরাই লৌখি ॥২৪॥ অহুদগী ক্ষুরমচিন্ শাবা থৌরবা তেল অমনা, অর্জ্জুননা, বিন্দগী মঙক অহু কক্তুনা লৈমায়থক্ত থাদখি। অহুদগীদি মঙক য়াওদ্রবা বিন্দগী য়াং চাউরবা মশা অহু, নুংশিৎনা মরুক্কৎনা ফুক্তোক্রবা উজাও অমগী মতৌগুম্না লৈমায়োমদা হাইথখি ॥২৫॥ ময়াম্বা বিন্দবু হাৎখিবহু উবদা পাঙ্গল থোইনা কল্লবা অনুবিন্দ অসি শগোল সারথি য়াওদ্রবা রথ অহুদগী কল হেক্ চোংথহুনা ময়াম্বা হাৎখিবহুগী লামন্ থুম্‌গে হায়হুনা মথুত্তা গদা অম পায়থত্তুনা অর্জ্জুন তম্না প্রপ্রাণ হোচ্ছিল্লকই ॥২৬—২৭॥ শাউরবা অনুবিন্দনা গদা অহুনা সাথথি কৃষ্ণগী লাইবক্তা কন্না থারুহুনসু মৈনাকপর্ব্বতকী

ততোঽর্জ্জুনঃ শরৈঃ ষড়্ভিস্ত্রীবাং পাদৌ ভুজৌ শিরঃ। বিচকর্ত্ত স সংছিন্নং পপাতাদ্রিচয়ো যথা ॥২৯॥
ততস্তৌ নিহতৌ দৃষ্ট্বা তয়োরাজন্! পদানুগাঃ। অভ্যদ্রবন্ত সংক্রুদ্ধাঃ কিরন্তঃ শতশঃ শরান্ ॥৩০॥
তানর্জ্জুনঃ শরৈস্তীক্ষ্ণৈর্নিহত্য ভরতর্ষভ। ব্যরোচত যথা বহ্নির্দাবং দগ্ধ্বা হিমাত্যয়ে ॥৩১॥
তয়োঃ সেনামতিক্রম্য কৃচ্ছ্রাদিব ধনঞ্জয়ঃ। বিবভৌ জলদান্ ভিত্ত্বা দিবাকর ইবোদিতঃ ॥৩২॥
তং দৃষ্ট্বা কুরবস্ত্রস্তাঃ প্রহৃষ্টাশ্চাভবন্ পুনঃ। অভ্যবর্ত্তন্ত পার্থঞ্চ সমস্তাদ্ভরতর্ষভ। ॥৩৩॥
শ্রান্তঞ্চৈনং সমালক্ষ্য জ্ঞাত্বা দূরে চ সৈন্ধবম্। সিংহনাদেন মহতা সর্বতঃ পর্য্যবারয়ন্ ॥৩৪॥
তাংস্তু দৃষ্ট্বা সুসংরব্ধানুৎস্ময়ন্ পুরুষর্ষভঃ। শনকৈরিদং দাশার্হমর্জ্জুনো বাক্যমব্রবীৎ ॥৩৫॥
শরার্দ্দিতাশ্চ গ্লানাশ্চ হয়া দূরে চ সৈন্ধবঃ। কিমিহানন্তরং কার্য্যং জ্যায়িষ্ঠং তব রোচতে ॥৩৬॥
ব্রূহি কৃষ্ণ! যথাতত্ত্বং ত্বং হি প্রাজ্ঞতমঃ সদা। ত্বন্নেত্রা রণে শত্রূন্ বিজেষ্যন্তীহ পাণ্ডবাঃ ॥৩৭॥
মম ত্বনন্তরং কৃত্যং যদ্বৈ তত্ত্বং নিবোধ মে। হয়ান্ বিমুচ্য হি সুখং বিশল্যান্ কুরু মাধব! ॥৩৮॥

---

মতৌঙুমা কৃষ্ণ অসি খোঙকম খজিক্ক কাওবা লেঙবিখিদে ॥২৮॥ মতম্ অদুদা অর্জ্জুননা তেল তরুক্কা অনুবিন্দগী মঙক্ মখোঙ অনী, মপাম্বোম্ অনী মতম্ অমতদা ককখৎখি। অদুদগীদি অনুবিন্দগী চকচাং নুং মচেৎ মপৈনা তাবগুম্ লৈমায়থক্তা লৈপুং অমগুমা তাখি ॥২৯॥ মহারাজ! বিন্দ অনুবিন্দ অনীবু হাৎখিবদু উবদা মহাক্কী লাম্মী মপৈ অদুনা তেল অদুগা খুৎলায় মখল মখল কাপশিন্ কাপশিন্ন অর্জ্জুনতমা চেল্‌শিল্লকই ॥৩০॥ মহারাজ! বিন্দ অনুবিন্দ অনীবু হাৎলগা মহাক্কী লাম্মী মপৈবু হাৎলবতুংদা অর্জ্জুন অসি বসন্ত ঋতুগী লম্মৈগী মতৌঙুমা, মশেকমঙাম্না পূমথল্ থন্‌খি ॥৩১॥ অদুগী তুংদা লাম্মীপূম্নমক্‌পু নম্‌থেক্ত্ন‌া চঙশিল্লকপা অর্জ্জুন অসি মুরবা নোং মরক্তগী নোং পূম্নমক্‌পু খায়দোক্ত্না হাইদোরকপা সুমিৎকী মতৌঙুমা থোইদোক্না নীঙথিজখি ॥৩২॥ অদুগী মতুংদা, মহারাজ! অর্জ্জুনবু উবদা অদুক য়াম্বা কৌরব লাম্মীশিং অদুনা কিবনা থকথক্ নীক্লখি। অদুগা মখোয় শুংসু নুঙাইখি। অদুদগী মখোয় পুম্বা মায়কৈ মরিমক্তগী অর্জ্জুনলোমদা মমায় লৈশিল্লকই ॥৩৩॥ মতম্ অদুদা অর্জ্জুননা য়াম্না চোকথবদু উবদা অদুগা জয়দ্রথসু য়াম্না লাপ্না তুংলোমনা লৈখিবদু উবদা, কৌরব লাম্মী মপৈ পুম্নমক্না থোইদোক্না নুংঙাইখিদুনা অর্জ্জুনবু মায়কৈ মরিমক্তগী কোয়শিল্লকলে ॥৩৪॥ কৌরব লাম্মীশিংনা কিবা লৈতনা মপুক্লীং থোগৎলগা লোয়ননা চঙশিল্লকপদু উবদা, হাইকেৎ নোক্লগা অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা তপ্পতপ্প অসুম্না হায়রকই ॥৩৫॥ "কৃষ্ণ ঐগী শগোলশিং অসে য়াম্না চোকথরে। জয়দ্রথসু অসিদগী য়াম্না লাপ্না লৈরি। অদুগা হৌজিক ইহান্ হান্না তৌগদবা থবক অসি করিনো? ॥৩৬॥ কৃষ্ণ! হৌজিক তৌগদবদু থুনা হায়দোকউ। নহাক্কি বুদ্ধিদা-জ্ঞানদা মিথোই মিহেন্‌বনি। পাণ্ডবশিংবু ঙমগদৌরিবা অসিসু নহাক্কী নতেং অমদি নঙগী নি" ॥৩৭॥ কৃষ্ণ! নহাক্কী মতমদা হৌজিক অসিদা হান্না তৌগদৌরবনা করিনো, মতম্ তৌগদৌবনা করিনো? হৌজিক করিমত্তা নীঙ্‌ঙাইবা লৈতনা শগোলশিং অসি অমুক্ক থাদোকউ পোথাহনু। মশা মশাদা পাল্লিবা তেন্জাশিং

এবমুক্তস্ত পার্থেন কেশবঃ প্রত্যুবাচ তম্। মযাপ্যেতন্মতং পার্থ ! যদিদং তে প্রভাষিতম্ ॥৩৯॥

## অর্জ্জুন উবাচ

অহমাবারয়িষ্যামি সর্বসৈন্যানি কেশব ! । ত্বমপ্যত্র যথান্যায়ং কুরু কার্য্যমনন্তরম্ ॥৪০॥

## সঞ্জয় উবাচ

সোঽবতীর্য্য রথোপস্থাদসংভ্রান্তো ধনঞ্জয়ঃ । গাণ্ডীবং ধনুরাদায় তস্থৌ গিরিরিবাচলঃ ॥৪১॥

তমভ্যধাবন্ ক্রোশন্তঃ ক্ষত্রিয়া জয়গৃদ্ধিনঃ । ইদং ছিদ্রমিতি জ্ঞাত্বা ধরণীস্থং ধনঞ্জয়ম্ ॥৪২॥

তমেকং রথবংশেন মহতা পর্য্যবারয়ন্ । বিকর্ষন্তশ্চ চাপানি বিসৃজন্তশ্চ সায়কান্ ॥৪৩॥

অস্ত্রাণি চ বিচিত্রাণি ক্রুদ্ধাস্তত্র ব্যদর্শয়ন্ । ছাদয়ন্তঃ শরৈঃ পার্থং মেঘা ইব দিবাকরম্ ॥৪৪॥

অভ্যদ্রবন্ত বেগেন ক্ষত্রিয়াঃ ক্ষত্রিয়র্ষভম্ । নরসিংহং রথোদারা সিংহং মত্তা ইব দ্বিপাঃ ॥৪৫॥

তত্র পার্থস্য ভুজয়োর্মহদ্বলমদৃশ্যত । যৎ ক্রুদ্ধা বহুলাঃ সেনাঃ সর্ব্বতঃ পর্য্যবারয়ৎ ॥৪৬॥

অস্ত্রৈরস্ত্রাণি সংবার্য্য দ্বিষতাং সর্ব্বতো বিভুঃ । ইষুভির্বহুভিস্তূর্ণং সর্ব্বানেব সমাবৃণোৎ ॥৪৭॥

তত্রান্তরীক্ষে বাণানাং প্রগাঢ়ানাং বিশাংপতে ! । সংঘর্ষেণ মহার্চ্চিষ্মান্ পাবকঃ সমজায়ত ॥৪৮॥

---

অসে অমুক্তা লৌথোকউ' ॥৩৮॥ অর্জ্জুননা অসুম্না হায়রক্লবা মতম্‌সিদা কৃষ্ণনা অসুম্না হায়রকই :—অর্জ্জুন নহাক্না হায়রিবদো অচুম্বনি হায়না ঐন, খল্লি ॥৩৯॥ অর্জ্জুননা হায় :—কৃষ্ণ ! ঐ হৌজিক য়েক্লবা লাম্মী পুম্নমক্পু থিংহ্নলা থম্‌গে। নহাকসু তোগদবা থবক অদু হৌজিকমক্ পায়খৎলু ॥৪০॥

সঞ্জয়না হায় :—অদুগী তুংদা লালকম্ অদুদা অর্জ্জুন অসি রথ মথক্তগী কুম্‌থহ্নলা লীক্লং পায়হ্নলা করিমতা নীঙঙাইবা লৈতনা, লৈমায়থক্তা চপ লেপ্লি ॥৪১॥ জয় ওইনংবা কৌরব লাম্মীশিংনা মাসিমক্নি তাঞ্জা হায়বদু"—অসুম্ হায়না হায়না অর্জ্জুননা লেপ্তু,না লৈরিবা অদোম্‌দা হোঞ্চিন্নরকই ॥৪২॥ য়েক্লবা রথী পুম্নমক্না তেল অমদি খুৎলায় মথল মথল কাপশিল্ লংশিন্না অর্জ্জুনবু কোয়শিন্নরে ॥৪৩॥ নোং মতুম্ মতুম পাইশিন্নক্ল,না সুমিৎপু খঙহৌদনা কুপশিন্নক্পদুঙ্গুম্না কৌরবলাম্মীশিং অদুনা মখুত্তা খুৎলায় পায়পায়হ্নলা হোঞ্চিন্নকই ; অদুগা মখোয়গী খুৎলায় মখল্ অদুগী পাঙ্গেনা অর্জ্জুনগী মকম্‌দা মখোয়গী হৈশিংবদু উৎপা হৌরকই ॥৪৪॥ শামু মপৈ মপৈনা নোংশা অমতগী মকম্‌দা চেন্‌শিন্নকপদুঙ্গুম্না কৌরব লাম্মীশিং অদুনা অর্জ্জুন তম্না চেল্‌শিন্নকই ॥৪৫॥ মতম্ অদুদা অর্জ্জুনগী মপাম্বোম্ য়াম্না কনবদু মী পুম্নমক্না উনখি। মরম্‌দি মহাক্ মথন্তনা, অশাউবগা লোয়নননা, অহুক্ য়াম্বা য়েক্লবা লাম্মীশিং অদুবু থিংহ্নলা থম্‌খি ॥৪৬॥ মতীকমঙ্গুণ চাউরবা, কন্নবা অর্জ্জুন মথন্তনা, অহুক্ য়াম্বা লাম্মী মপৈ অদুবু খিংহ্নলা থন্নগা, মহাক্না লৈমায়থক্তা লেপ্তু,না কাপশিন্নক্পনা, কৌরব লাম্মীশিং অদু তেন্না পুম্‌যোম্ য়োম্‌খ্রে ॥৪৭॥ মহারাজ ! নোংমদোম্বক্না পাইখনকলিবা তেল ময়াম্ অদু অমংগমগ ক্রকক্রক্ ঊচিন্নরকপদুদা অকিবা কংনা মৈ হৌখি ॥৪৮॥ মতম্ অদুদা অর্জ্জুনগী তেন্না পানবদা মশা ঊহৎ নাইহৎ শারবা, অচৌবা লীক্লং পায়রবা রথীশিং অদুগা অর্জ্জুনগী তেন্না পান্‌বদা

তত্র তত্র মহেষ্বাসৈঃ খগভিঃ শোণিতোক্ষিতৈঃ । হয়ৈর্নাগৈশ্চ সংভিন্নৈর্নদদ্ভিশ্চাবিকীর্ণৈঃ ॥৪৯॥
সংরব্ধৈশ্চারিভির্বীরৈঃ প্রার্থয়দ্ভির্জয়ং যুধে । একৈকৈর্বহুভিঃ ক্রুদ্ধৈরয়মেব সমাবৃত ॥৫০॥

( যুগ্মকম্ )

শরোর্ম্মিণং ধ্বজাবর্ত্তং নাগনক্রং দুরত্যয়ম্ । পদাতিমৎস্যকলিলং শঙ্খদুন্দুভিনিস্বনম্ ॥৫১॥
অসংখ্যেয়মপারঞ্চ রথোর্ম্মিণমতীব চ । উষ্ণীষকমঠচ্ছন্নং পতাকাফেনমালিনম্ ॥৫২॥
রথসাগরমক্ষোভ্যং মাতঙ্গাঙ্গশিলাচিতম্ । বেলাভূতস্তদা পার্থঃ পত্রিভিঃ সমবারয়ৎ ॥৫৩॥

( বিশেষকম্ )

ততো জনার্দ্দনঃ সংখ্যে প্রিয়ং পুরুষসত্তমম্ । অসংভ্রান্তো মহাবাহুরর্জ্জুনং বাক্যমব্রবীৎ ॥৫৪॥
উদপানমিহাশ্বানাং নালমস্তি রণেঽর্জ্জুন । পরীপ্সন্তে জলঞ্চেমে পেয়ং ন ত্ববগাহনম্ ॥৫৫॥
ইদমস্তীত্যসংভ্রান্তো ব্রুবন্নস্ত্রেণ মেদিনীম্ । অভিহত্যার্জ্জুনশ্চক্রে বাজিপানং সরঃ শুভম্ ॥৫৬॥
শরবংশং শরস্থূণং শরচ্ছাদনমদ্ভুতম্ । শরবেশ্মাকরোৎ পার্থস্ত্বষ্টেবাদ্ভুতকর্ম্মকৃৎ ॥৫৭॥

---

শাখিনা শোক্লবা, লাউখো'লবা শগোল শামুশিং অহুগা মহৈমহৈ শাউনরবা লাম্নীশিং অহুগা ক্রকক্রক ইম্নরকপহুদা লালকম্ অহুদা কল্লবা মৈশা অমা কাওরকলে ॥৪৯—৫০॥ মতম্ অহুদা অর্জ্জুননা তেলগী মপৈ মপৈতনা, পাক লাম্থোকপা রায়রোইদৌবা চাংজো নাইক্রবা ইপাকী মতৌগুম্না রথশিং অহুবু সমুদ্রগী লৈরাইগী মতৌগুম্না রাংনা তাখৎখি। ঈগী মরক্ক তাউরিবা তেলশিং অহুনা ঈথক্ মরিগী মতৌগুম্খি। কিয়াল মতেক্ মতেক্ তাউরিবদুনা ইরৈগী মশক্ ওইখি। চাউর চাউরবা শামুশিং অহুনা —কুম্ভীরগী মতৌগুম্খি। মোইবুং অহুগা লালবুং পুং-জাওগী মখোন্না নোং খোংবা থাক্পগী মখোল ওইখি। ঈরক্কা তাউরিবা রগশিং অহুনা রাং চাউরবা ঈথক অমমম্গী মশক্ ওইখি। খোঙমী অমময়া চাউর চাউরবা ঙা অমমমগী মশক্কি। লুহুপ-কোয়েৎ অমময়া থেঙ্গু অমমম্গী মশক্কি। কিয়াল মচেৎ মচেৎশিং অহুনা কোজোল অমমম্গী মশক্ ওইখি। মরক্ মরক্কা তাউরিবা অশিবা শামুশিং অহুনা অমময়া নুংদুম্ অচৌবা অমমম্-গুম্খি ॥৫১—৫৩॥ মতম্ অহুদা পুক্নীং তহাতহাবা মিপাইবা করিমতা লৈত্রবা কৃষ্ণনা অর্জুন্না হায়রকই ॥৫৪॥ "অর্জ্জুন! ছৌজিক্তি, লালকম্ অসিদা ঐখোয়গী শগোলশিং অসিনা থক্পা য়াবা পুখ্রী অমতস্থ লৈতে। শগোলশিং অসিনা পাম্লিবসি থক্লবা। ঈশিংনি, ইরুজননবা নত্তে" ॥৫৫॥ মাহু তাবদা অর্জ্জুননা "মাহুগীদমক্তি লৈরে" অস্থুম্ হায়দুনা অর্জ্জুননা খোইদোক্না মিপাইবা তৌদনা খুৎলায়তনা লৈমায় খিনুপাইদুনা লৈমুংদগী ঈশিং পেরে অতৎ অথম্ লৈতনা কাপথৎহল্লকু্না শগোন্না থক্পা য়াবা লুহুল্ল ঈশিংনা পীক্ যন্বা পুখ্রী অম শেম্খি ॥৫৬॥ বিশ্বকর্ম্মাগী মতৌগুম্বা, মথুৎ হৈয়বা অর্জ্জুননা তেলশিংতনা পুখ্রীহুগী অকোয়বদা শঙ্গল শাদুনা

ততঃ প্রহস্য গোবিন্দঃ সাধু সাধ্বিত্যথাব্রবীৎ। শরবেশ্মনি পার্থেন কৃতে তস্মিন্ মহারণে ॥৫৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে অর্জ্জুনসরোনির্ম্মাণে ষড়শীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ •

---

মাহুৎনী মপান্দা তেজ্জনা লোয়-লোয় কপ্পা য়ুম্ শাখি ॥৫৭॥ অর্জ্জুননা তেজ্জনা কজয়বা য়ুম্ অদ শারকপহ উবদা কৃষ্ণনা "সাধু—সাধু! ভালো, ভালো" হায়না অর্জ্জুনবু থাগৎখি ॥৫৮॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, দ্রোণপর্ব্বদা, জয়দ্রথবধগী মখুংদা অর্জ্জুননরোনির্ম্মাণ"গী মরিফুতরুকশুবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---

# শ্রীমহাভারতম্

## *সপ্তাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ*

### মরিফুতরেৎশুবা অধ্যায়

( লান্মী মরাম্ শুকপা-মিপাইবা )

—————:*:—————

সঞ্জয় উবাচ।

সলিলে জনিতে তস্মিন্ কৌন্তেয়েন মহাত্মনা। নিবারিতে দ্বিষৎসৈন্যে কৃতে চ শরবেশ্মনি ॥১॥

বাসুদেবো রথাত্তূর্ণমবতীর্য মহাদ্যুতিঃ। মোচয়ামাস তুরগান্ বিতুন্নান্ কঙ্কপত্রিভিঃ ॥২॥
( যুগ্মকম্ )

অদৃষ্টপূর্ব্বং তদ্দৃষ্ট্বা সাধুবাদো মহানভূৎ। সিদ্ধচারণসংঘানাং সৈনিকানাঞ্চ সর্ব্বশঃ ॥৩॥

পদাতিনন্তু কৌন্তেয়ং যুধ্যমানং মহারথাঃ। নাশক্নুবন্ বারয়িতুং তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৪॥

---

সঞ্জয়না হায়—মহারাজ! মহাত্মা ওইরবা অর্জ্জুননা য়েক্নবা লান্মী পূম্নমক্পু থিংহনা থম্নগা, পুখ্রী তৌবা, তেজ্জনা য়ুমশাবা অসি পূম্নমক্ লোইরবা তুংদা কৃষ্ণনা রথমক্তগী কূমথহনা য়েক্নবগী খুৎলায়না পান্বদা চৈনা কংলবা, চোকথরবা শগোলশিং অহুবু রথদগী থাদোকই ॥১—২॥ মমাংঙদা খক উখিদ্রিবা পুখ্রী অদুগা তেজ্জনা শাবা য়ুম্ অদু উবদা নোংমদোহক্তা লৈরিবা লাইরাম্ অমদি সিদ্ধ চারণশিংনা অমদি লৈখাদা লৈরিবা লান্মীশিংনা খোঙ্মাউ অমতা ওইনা অর্জ্জুনবু সাধু-সাধু হায়না হয়া হয়া থাগৎখি ॥৩॥ অর্জ্জুননা লৈমায়থক্তা খোঙমী অম ওইনা থখু পোক্লব কাওবদা, অহুক রাথ কৌরব লান্মীশিংনা মহাক্পু লাকচবা ঙমখিদ্রে মাহুমক

আপতৎস্যু রথৌঘেষু প্রভূতগজবাজিষু । অসম্ভ্রমস্তদা পার্থস্তদস্ত পুরুষানতি ॥৫॥
ব্যস্যতাংশ্চ শরৌঘাংস্তে পাণ্ডবং প্রতি পার্থিবাঃ । ন চাব্যথত ধর্ম্মাত্মা বাসবিঃ পরবীরহা ॥৬॥
স তানি শরজালানি গদাঃ প্রাসাংশ্চ বীর্য্যবান্ । আগতানগমৎ পার্থঃ সরিতঃ সাগরো যথা ॥৭॥
অস্ত্রবেগেন মহতা পার্থো বাহ্বোর্বলেন চ । সর্ব্বেষাং পার্থিবেন্দ্রাণামগমত্তান্ শরোত্তমান্ ॥৮॥
স পার্থঃ পার্থিবান্ সর্ব্বান্ ভূমিষ্ঠোঽপি রথস্থিতান্ । একো নিবারয়ামাস লোভঃ সর্ব্বগুণানিব ॥৯॥
তত্তু পার্থস্য বিক্রান্তং বাসুদেবস্য চোভয়োঃ । অপূজয়ন্ মহারাজ ! কৌরবাঃ পরমাদ্ভুতম্ ॥১০॥
কিমদ্ভুততমং লোকে ভবিতাপ্যথবাপ্যভূৎ । যদশ্বান্ পার্থগোবিন্দৌ মোচয়ামাসতূ রণে ॥১১॥
ভয়ং বিপুলমাস্থাসু তাবাধত্তাং নরোত্তমৌ । তেজো বিদধতুশ্চোগ্রং বিস্রব্ধৌ রণমূর্দ্ধনি ॥১২॥
অথ স্ময়ন্ হৃষীকেশঃ স্ত্রীমধ্য ইব ভারত ! । অর্জ্জুনেন কৃতে সংখ্যে শরগর্ভগৃহে তদা ॥১৩॥
উপাবর্ত্তয়দব্যগ্রস্তানশ্বান্ পুষ্করেক্ষণঃ । মিষতাং সর্বসৈন্যানাং ত্বদীয়ানাং বিশাংপতে ! ॥১৪॥
(যুগ্মকম্)

---

থোইদোক্লা অঙকপা থৌদোক অমা ওইনা থোকখি ॥৪॥ য়েক্নবশিংগী মথীশিং অদুগা শগোল শামু মপৈ মপৈ অর্জ্জুন তম্না চঙশিল্লকইদি হায়ববু মাদুদা অর্জ্জুননা কম্নিমত মিপাইবিদে। মহাকী শক্তি অমদি বিস্রা অদু উবদা অর্জ্জুন হায়বসি তাইবং মীগী থাক্তগী য়াংমঃ লানগ্রবনি হায়না খল্লখি ॥৫॥ কৌরব লাম্মীশিংনা অর্জ্জুনবোমদা তেলবূদি তত্তনা কাপলকইদি হায়ববু ধর্ম্ম চেম্লবা য়েক্নবা গুম্বা অর্জ্জুননা মাদুদা কম্নিমত রাবিদে চোক্থদে ॥৭॥ মায়কৈ পুম্বদগী চেম্হরক্লিবা ভুয়েলশিংবু সমুদ্রনা অহুম্ য়োচ্ছিন-চিংশিনখিবদুগুম্না য়েক্নশিংনা কাপশিল লংশিল্লক্লিবা খুংলায়শিং অদু অর্জ্জুনা লোইনা ঙাকথোকখি ॥৭॥ অর্জ্জুননা মশাগী পাম্বোমগী পাক্নস্তনা অদুক য়াম্বা য়েক্নবগী খুংলায়শিং অদু ঙাকথোকখি। মশাদা অমত পালহন্দে ॥৮॥ "অপাম্বা মিহৌবা" হায়বা দোষ অদুনা মীওইবগী গুণ পুম্নমক চুপশিন্দুনা মাঙহনবদুগুম্না অর্জ্জুননা মথন্তনা লৈমায়থক্তা লৈদুনা য়েক্নবা কল্লবশিং অদুগী তেম্নচিংবা খুংলায়শিং অদুবু চুপশিন্‌খি ঙাকথোক্‌খি ॥৯॥ মহারাজ ! মতম্ অদুদা য়েক্নবা কৌরবলাম্মীশিং-মক্নম্ভ অর্জ্জুনবু হম্না হম্না থাগৎখি ॥১০॥

মখোয়না অন্নম্না ৱাক্নখি "অসিগুম্বা থৌদোকসে খক ওইথিক্নি, মতুংদস্ত কনামতনা তৌনরক্লরোই। অর্জ্জুন কৃষ্ণ অনীমক্না কল্লবা লাম্লক্ অসিদা শগোলশিংবু থাদোক্তুনা ঊশিং পীথক্লি!" ॥১১॥ "অদুগা নিপা অনীসিনা ঐখোয় খ্বাইগী পুক্নীংদা অঙকপা মিপাইবা পোকহল্লি। মরম্‌দি অনীসিনা লাল মরক্ অসিদা নীঙতায়ম্না লৈতনা শগোলবু থাদোক্তুনা পোখাহন্দুনা ম্নশা তেকথৎহল্লি" ॥১২॥ মহারাজ ! নিপানা [illegible]শিংগী চৌবরনচিংবা শাম্নকমগী মুম অমা শাবদুগুম্না অদুক কন্থ্রবা লালগী মরক অদুদা অর্জ্জুননা তেম্তনা মুম অম শাবদুদা পেনগ্রদুনা য়াম্না হরাউনা কৃষ্ণনা শগোলশিং অদুবু থাদোক্তুনা য়েক্নবখ্বাইগী মাঙদুমক্তদা শগোলশিং অদুবু [illegible]। চংহন্দুনা পোখাহল্লি-মশা তেকথৎহল্লি ॥১৩—১৪॥ কৃষ্ণনা শগোলশিং অদুগী ভমাংদ্র

তেষাং শ্রমঞ্চ গ্লানিঞ্চ বমথুং বেপথুং ব্রণান্। সর্ব্বং ব্যপামৃজৎ কৃষ্ণঃ কুশলো হ্যশ্বকর্ম্মণি ॥১৫॥
শল্যান্যুদ্ধৃত্য পাণিভ্যাং পরিমৃজ্য চ তান্ হয়ান। উপাবৃত্য যথাশাস্ত্রং পায়য়ামাস বাজিনঃ ॥১৬॥
স তান্ পীতোদকান্ স্নাতান্ জগ্ধান্নান্ বিগতক্লমান্। যোজয়ামাস সংহৃষ্টঃ পুনরেব রথোত্তমে ॥১৭॥
স তং রথবরং শৌরিঃ সর্ব্বশস্ত্রভৃতাং বরঃ। সমাস্থায় মহাতেজাঃ সার্জ্জুনঃ প্রযযৌ দ্রুতম্ ॥১৮॥
রথং রথবরস্যাজৌ যুক্তং লব্ধোদকৈর্হয়ৈঃ। দৃষ্ট্বা কুরুবলশ্রেষ্ঠাঃ পুনর্বিমনসোঽভবন্ ॥১৯॥
বিনিশ্বসন্তস্তে রাজন্! ভগ্নদংষ্ট্রা ইবোরগাঃ। ধিগহো ধিগ্ গতঃ পার্থঃ কৃষ্ণশ্চেত্যব্রুবন্ পৃথক্ ॥২০॥
ত্বৎসেনাঃ সর্ব্বতো দৃষ্ট্বা লোমহর্ষণমদ্ভুতম্। ত্বরধ্বমিতি চাক্রন্দন্ নেদমস্তীতি চাক্রমন্ ॥২১॥
সর্ব্বক্ষত্রস্য মিষতো রথেনৈকেন দংশিতৌ। বালক্রীড়নকেনেব কদর্থীকৃত্য নো বলম্ ॥২২॥

---

তৈথোক্তুনা মমীৎ মমায়দা পক্লিবা কত্তহৌদিবা মতিন-মনপ্পচিংবত্থ তৈথোক খোস্তোকপিহ্নুনা মখোয়গী মশা অহু অমুক ঈনৌনৌনা তেকথৎহন্খি। মরম্দি কৃষ্ণ হায়বসি শগোল শলগী সেবা লাংবা তৌবদা য়াম্না হৈশিভিও ॥১৫॥ অহুগীতুংদা কৃষ্ণনা মখুৎমক্লা শগোলশিং অহুগী মশাদা থিনগাই হোগায়রিবা অহু নাম্ভোক্ খোস্তোকপিহ্নুনা খুৎলায় মচেৎ চঙখিবশিংহু শস্তোকপিহ্নুনা হঙৎহন্দা কোয়হন্দুনা মশা থর তেকথৎহল্লবাতুংদা পুত্রী অহুদা ইরুজবিখি ঈশিং পীথকখি ॥১৬॥ শগোলশিং অহুনা ঈশিং থক্তুনা ইরুজহুনা শজীক চাহুনা মশাদা চোকথবা লৈত্রবা কানদ। কৃষ্ণনা য়াম্না হরাউনা শগোলশিং অহুবু হায়গী মতৌগুম্না রথদা অমুক্ পান্শিল্লে ॥১৬॥ অহুগী তুংদা, খুৎলায় পায়বগী মনুংদ খ্বাইদগী অথোইবা তেজ কল্লবা অর্জ্জুনগা কৃষ্ণগা লোয়ননা রথমথক্ অহুদা কাখত্তুনা, থ্না য়াঙনা লালকম্লোমদা থৌজিল্লকই ॥১৮॥ ঈশিং থক্লবা তুংদা মশা ঈতেক্ তেক্থৎলবা শগোলশিং অহু পানখত্তুনা লালকম্লোমদা মমায় ওনলকৃপা অর্জ্জুন অহু উবদা কৌরব লাম্মী পুম্নমক লোইনা মায়থোং লাংশিনখ্রে ॥১৯॥ মহারাজ! কৌরব লাম্মীশিং অহুনা, মহু-ময় শৎত্রবা লিলগী মতৌগুম্না নুংশামপী থবেৎথবেৎ হোন্দুনা "ওস্তোকপনি! তোল্লিদকো ঐখোয়সে! ঐখোয়রোমদা হন্না মকতা য়েংবিরমদনা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনী অসে লাল ময়ায়দ জয়দ্রথনা লৈরিবা মায়কৈ অসোমদা চঙশিনখ্রে ॥২০॥ মহারাজ! কৌরব লাম্মীশিংনা অর্জ্জুনগী অওকৃপা থৌদোক অমদি বিত্থা উবদা তুজুংবা পোক্লনিঙাই ওইরবা; শক্তি অমদি বিত্থা অহু উবদা "ওসিদি কৌরব লাম্মী পুম্বা তুম্বা তারে, চৎলু, খুংলৈ থ্" হায়না অমগমগা লাউনরকই ॥২১॥ ঐখোয়না ঐখোয়গী মীচঙ পুম্বা কৌহুনা অমত ওইনা তাশিন্নহুনা, জয় ওইননবা কয়া য়াম্না চেৎকশিন্না হোৎনখিবা। তাঙ্গা অসিদা লালগী শেমশারবা য়েক্লবা ওম্বা অর্জ্জুন কৃষ্ণ অনীনা, ঐখোয় খ্বাইবু লঙনরমহুনা অঙাং মচা-শিংনা শান্নবগুম্না, ঐখোয়বু কন্নিমত উশিপিদন। ঐখোয় খ্বাইগী মাঙমক্তনা, ঐখোয়না শোকপা ঈওমওমহৌদনা; মশাগী শক্তি অমদি মাঙমক্তনা, ঐখোয়না শোকপা ঈওমওমহৌদনা মশাগীশক্তি

ক্রোশমাত্রং যতমানানামসংসক্তৌ পরন্তপৌ । দর্শয়িত্বাত্মনো বীর্য্যং প্রয়াতৌ সর্বরাজসু ॥২৩॥

(যুগ্মকম্)

তৌ প্রয়াতৌ পুনর্দৃষ্ট্বা তদান্যে সৈনিকাব্রুবন্ । ধন্যধন্যং কুরবঃ সর্ব্বে বধে কৃষ্ণকিরীটিনোঃ ॥২৪॥
রথং যুক্ত্বা হি দাশার্হো মিষতাং সর্ব্বধন্বিনাম্ । জয়দ্রথায় যাত্যেষ কদর্থীকৃতা নো রণে ॥২৫॥
তত্র কেচিন্মিথো রাজন্ ! সমভাষন্ত ভূমিপাঃ । অদৃষ্টপূর্ব্বং সংগ্রামে তদ্‌দৃষ্ট্বা মহদদ্ভুতম্ ॥২৬॥
সর্ব্বসৈন্যানি রাজা চ ধৃতরাষ্ট্রোঽত্যয়ং গতঃ । দুর্য্যোধনাপরাধেন ক্ষত্রং কৃৎস্না চ মেদিনী ॥২৭॥
বিলয়ং সমনুপ্রাপ্তা তচ্চ রাজা ন বুধ্যতে । ইত্যেবং ক্ষত্রিয়াস্তত্র ক্রবন্ত্যন্যে চ ভারত ! ॥২৮॥

(যুগ্মকম্)

সিন্ধুরাজস্য যৎ কৃত্যং গতস্য যমসাদনম্ । তৎ করোতু বৃথাদৃষ্টির্ধার্ত্তরাষ্ট্রোঽনুপায়বিৎ ॥২৯॥
ততঃ শীঘ্রতরং প্রায়াৎ পাণ্ডবঃ সৈন্ধবং প্রতি । বিবর্ত্তমানে তিগ্মাংশৌ হৃষ্টৈঃ পীতোদকৈর্হয়ৈঃ ॥৩০॥
তং প্রয়ান্তং মহাবাহুং সর্ব্বশাস্ত্রভৃতাং বরম্ । নাশক্নুবন্ বারয়িতুং যোধাঃ ক্রুদ্ধমিবান্তকম্ ॥৩১॥
বিদ্রাব্য তু ততঃ সৈন্যং পাণ্ডবঃ শত্রুতাপনঃ । যথা মৃগগণান্ সিংহঃ সৈন্ধবার্থে ব্যলোড়য়ৎ ॥৩২॥
গাহমানস্ত্বনীকানি তূর্ণমশ্বানচোদয়ৎ । বলাকবর্ণং দাশার্হঃ পাঞ্চজন্যং ব্যনাদয়ৎ ॥৩৩॥

---

অমদি বিস্তাবু ঐখোয়দা লেন্নয়গা, নিংথৌ লাম্মীশিংগী ময়ক্ত চঙশিন্‌খ্রেদো ।" ॥২২—২৩॥ মখোয়না চৎথিবত্ত উবদা অতোপ্পা লাম্মী খয়না হায়খি "কান্নদে, কান্নদে, মখোয়নীবু থাগত্‌না । মখোয় অনীবু হাৎননবা তৌসি, থোৱাং লোইবু ।" ॥২৪॥ ময়ম্‌দি কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনী আসে, লালগী শেমশাত্নুনা, ঐখোয় খ্বাইবু মায়থীবা পীনয়গা জয়দ্রথনা লৈরিবা অসোমদা চেনশিনখ্রে " ॥২৫॥ মহারাজ ! অকনব' নিংথৌশিংনস্থ কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীগী শক্তি অমদা বিস্তা উবদা অঙকপগা লোয়নন্না অমগমগা অস্থয়া হায়নখি ॥২৬॥ "দুর্য্যোধন অমতগী ময়ান্দগী অস্থক্ রাম্বা লাম্মীশিং অসিনা অদুগা ধৃতরাষ্ট্রনা অসি যৌনা রাত্রিবনি । পৃথিবীসিমক অদুগা পৃথিবীদা লৈরিবা ক্ষত্রিয় জাতি পুম্নমক্কী মহাপ্রলয় হায়বহ্ ওইরে । মাসি ধৃতরাষ্ট্র মশামক্না খঙজদ্রি ।" খয়না অস্থয়া অমুক্ হায়নখি ॥২৭—২৮॥ জয়দ্রথনা শিরবা তুংদা পাপকী পুক্‌চেল চেন্নবা, উপায় লৈত্রবা দুর্য্যোধনা করি তৌখিগদগে হায়বহ্ মশামক্না খল্লুমগনু" ॥২৯॥ অদুগী তুংদা নুমিৎনা নোংচুপ চীঙলোঙ্ক্লা অস্থুম্ চায়থরক্লবদা ঈশিং থক্ক্‌না মশা তেকখৎলবা শগোলশিং অদুনা চিংবা রথদা তোংখত্‌না য়ায়া হরাউনা কৃষ্ণ অর্জ্জুনে অনী অসি জয়দ্রথনা লৈরিবা অদোম্‌দা চঙশিন্‌খ্রে ॥৩০॥

খুৎলায় পায়বগী মপুংদা অথোইবা, মপাখোম চাউরবা অর্জ্জুননা শাউরবা যমরাজগী মতৌঙুম্না লালকম্ অদুদা চঙশিল্লকই । মতম্ [illegible] কৌরব লাম্মী অমত্তনা মাথী অর্জ্জুনগী মাঙদা লেপ্পা ঙম্‌খিদে ॥৩১॥ মতম্ অদুদা, যনদা নোংশানা শজীশিঙাই মপৈথু ভাঙথকপা নৈরকপ্প্রঙুম্না য়েকবা ঙম্বা অর্জ্জুননা জয়দ্রথ হাৎকেঙ্ [illegible] লম্বুনা কৌরব লাম্মী মপৈ অদুবু নৈথাইবা হৌরক্লে ॥৩২॥ কৃষ্ণনস্থ কৌরব লাম্মী [illegible] নৈথাই নৈথাইদুনা শগোলশিং অদু লালকম্

কৌন্তেয়েনাগ্রতঃ সৃষ্টা ন্যপতন্ পৃষ্ঠতঃ শরাঃ। তূর্ণাত্তূর্ণতরং হ্যশ্বাঃ প্রবাহন্ বাতরংহসঃ ॥৩৪॥
বাতোদ্ধূতপতাকং তং রথং জলদনিস্বনম্। ঘোরং কপিধ্বজং দৃষ্ট্বা বিষণ্ণা রথিনোঽভবন্ ॥৩৫॥
দিবাকরেঽথ রজসা সর্বতঃ সংবৃতে ভৃশম্। শরার্ত্তাশ্চ রণে যোধা ন কৃষ্ণৌ শেকুরীক্ষিতুম্ ॥৩৬॥
অসক্তঃ স রথোঽগচ্ছদ্গাহমানো বরূথিনীম্। কুন্দেন্দুবর্ণৈস্তৈরশ্বৈস্তৈঃ সাধুযোজিতৈঃ ॥৩৭॥
ততো নৃপতয়ঃ সর্ব্বে পরিবব্রুর্ধনঞ্জয়ম্। ক্ষত্রিয়া বহবশ্চান্যে জয়দ্রথবধৈষিণম্ ॥৩৮॥
শস্ত্রৈর্ঘ্নাপ্যমানেষু নিষ্ঠিতং পুরুষর্ষভম্ দুর্য্যোধনস্তগাৎ পার্থং ত্বরমাণঃ মহাহবে ॥৩৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দ্রোণপর্ব্বণি
জয়দ্রথবধে সৈন্যবিস্ময়ে সপ্তাশীতিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

ময়ায়দা থৌজিল্লকই। উরোক্কী মতৌগুম্ম লংলবা পাঞ্চজন্য কৌবা মোইবুং অগ্রবুস্থ কম্না খোংগৎলকই ॥৩৩॥ রথনা কম্না থৌজিনমল্লক্পনা অর্জ্জুন মশামক্না মাঙলোমদা কাপখিবা তেল ময়াম্ অত্ত মখোয়না য়েক্লবগী মশাদা পাল্লত্রিভৈগী মমাঙদা, অর্জ্জুননা হেন্দোক্লক্লনা মাগী তুংলোমদা লৈহৌবা য়েক্লবশিংদা পালগৌই। মরম্দ শগোলশিং অত্তুনা মুংশিংকী মমাঙপানা কম্ন, চেন্শিন্খি ॥৩৪॥ মুংশিংনা মাঙলোম হুমদোকপা ফিরাম্মগ্ন লৈতেং ওইবা, নোংনা ঙংবা খোংবগী মতৌগুম্বা খোঞ্জেল্ পুবা, হনুমানগী মূর্ত্তিনা লৈতেং ওই'রবা অত্তুগুম্বা ফিরাল থেৎপা অকিবগী মশক ওইবা, অর্জ্জুনগী রথ অদু উবদা কৌরবলান্মী পুম্নমক পুমঙক্ ঙক্লখি, মিপাইধগা লোয়নননা মায়খোং লাংশিল্লখি ॥৩৫॥ অত্তুগী তুংদা কাথৎলকপা মৈথু অমদি উফুল মপৈ মপৈনা কুপশিল্লক্লবদা তেন্ন ঈচং নাইহং শানা পাল্লবা কৌরব লান্মীশিং অত্তু কৃষ্ণ-অর্জ্জুন অনীমকপু শুকউ উখিদ্রে ॥৩৬॥ অম্ম্ম্ তৌরিভৈদা অর্জ্জুনগী অত্তুগুম্বা রথ অত্তুনা কুন্দো, থা অমদি লুপাগী মতৌগুম্ ঙৌরবা নীঙখিনা চ্যেকশিন্না রথদা পান্শিন্থ্রবা শগোলশিং অত্তুগী পাম্বৈনা অর্জ্জুননা য়েল্লবা কনা অমতগী থুংলায়না মশাদা শোকহন্দনা, য়েল্লবা-তঙ্গোলবু নৈখাইখা হৌরকলে ॥৩৭॥ অত্তুগী তুংদা' কৌরবলান্মী অকনবা ক্ষত্রিয়াশিং অত্তুনা, জয়দ্রথবু হাৎলগে হায়দুনা চঙশিল্লকৃলিবা অর্জ্জুনবু কোয়শিল্লয়ে ॥৩৮॥ মতম্ অসিদা কৌরবশিংনা মোইবুং খোংগৎলক্লবদা, নিপা অথোইবা অর্জ্জুন অসি মখোয়গী মাঙদা চপ লেপ্লি। অত্তুদগীদি দুর্য্যোধননা মাগী খোঙমী লান্মীশিংগা লোয়নননা চঙশিল্লক্লনা অর্জ্জুনগা মুখা মুখী ওইনা লৈখি ॥৩৯॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা দ্রোণপর্ব্বদা "জয়দ্রথবধ"গী মনুংদা সৈন্যবিস্ময়গী মখিক্রুতবেৎঙবা অধ্যায় লোইরে ॥০॥

---